# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা



২শুবা শরুক

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহ

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

# আদি লীলা

( অনিশুবা শরুক )

পূজ্যপাদ

( শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিনা লেংবা )

মৈতৈলোলদা হন্দোকপা

শ্রীতোংব্রম গৌরমনি সিংহ



অকোঙবা :

মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমি

খুমন লম্পাক, ইম্ফাল

অকোংবা :
মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমি
খুমন লম্পাক, ইম্ফাল,

অহানবা কোঙবা :
১৯৯২
কপি মশীং ৫১০

মমল : লুপা ১০০

SHRI SHRI CHEITANYA CHARITAMRITA ( Vol I ) in Manipuri translated by T Gourmani Singh Published by The Manipur State Kala Akademi with the Financial Assistance of Govt of India Ministry of Human Resource Development Department of Education New Delhi Vide Letter F No 4 34/87 IG Cell dated 12th October 1988 (Language Devision) 1st edition Rs 100

---

নম্ফম : দি ইষ্টর্ন ইন্দিয়া স্তেণ্ডার্দ ওফসেট এণ্ড প্রিন্টিং প্রেস ·
কৈশামথোং, ইম্ফাল

# অহোঙবগী বারোল খরদং

কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা 'চৈতন্যচরিতামৃত'দা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অথুপ্পা লীলাবু নিংথিনা নৈনরি। শ্রীশ্রীচৈতন্য চুহুগী মীচম্না উবা, ধর্মগী মরমদা মমল য়াম্নবা য়া ফাংলিবা মীশক অমা ওইবদা নত্তে, অশেঙবা ঈশ্বরগী ভক্তনি, লাইনিঙবনি। ঈশ্বরগী অথুপ্পা প্রেমদা ডাওজহনা, পাম্বোম য়াংনা থাজংহনা, নিঙ্গা ঈয়া চেন্দুনা, ঈশৈ শক্লিবা অমদি জগোয় শারিবা ভক্তনি। অদুবু কৃষ্ণদাস গোস্বামীনদি শ্রীচৈতন্যবু ধর্মগী মরমদা হৈংলবা য়াথপ্লোন কয়া পুথোকলিবা মীশক অমদি মুনি অমদগী হেন্না ঈকায়-খুম্নে। মহাক্কী, গোস্বামীনা হায়রি, ভক্ত ওমগী শংগোনদা মালেমদা থোঙদারনিবা ঈশ্বর মহাক অদুমক্নি।

শ্রীশ্রীচৈতন্য অমদি 'চৈতন্যচরিতামৃত' মণিপুরী বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়দা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা পোংশক ডাক্তনি। শ্রীচৈতন্যগী ভক্ত অমা ওইরবনা 'চৈতন্যচরিতামৃত'গী অথুপ্পা য়াথপ্লোন কয়া মনিপুরী বৈষ্ণবশিংনা থম্মোয়দা চেংনা থাগোয়ঙে। মসিগী শকপানবা শংগ্রোন কয়া মণিপুরীশিংগী মরু ওইবা কলা এমস্তুং সংস্কৃতিদা নিংথিনা মনি তারি।
ফোঙজরিবা 'শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত' অসি কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী বাংলাগী লাইরিক অদুগী মৈতৈলোন্দা ওন্থোকপনি। অনিঙবা ওইনা পুথোকলিবা শরুক অসিদা আদি লীলাগী ৬শুবা মতাংদগীনা ১৭শুবা মতাং ফাওবা য়াওরি। বৈষ্ণব-সাহিত্যগী য়াম্না মরুওইবা লাইরিক অসিবু মৈতৈলোন্দা ওন্থোকপগী অচৌবা দায়িত্ব অমা লৌবিরিবা শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহ, চহি য়াম্না-না, বাংলা সাহিত্যবু মুপ্না মশক খঙলবা পণ্ডিতনি। লাইরিক অসিবু মৈতৈলোন্দা ওন্থোক্লবগী অচৌবা থবক অসি হৌখিবা চহি কয়াদগী হৌনা চোকথবা নাইদনা হোৎনবিরকপনা ঙসিদি মতুগী মচেং খরদং মীয়াম মাংদা থম্বা ঙমজরি। শ্রীগৌরমণি সিংহনা হন্দোকপিরিবা 'শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত'গী অপ্নাপ্না শরুক্কী খুৎই ওইনা একাদমিগী খুত্তা লৈজরি। শেল-থুমগী খুদোং চাদবা কয়ানা অচৌবা খুয়ৌ অমা ওইবদগী লীলা খুদিংমক অসি ফোঙদোকপগী খুদোংচাবা লৌবা ঙমজদ্রি। অদুবু ভাগ্যা অমদগী দিপার্টমেন্ট অফ কলচর, নিউ দিল্লিদা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা মতেং নিজক্লবদা হয়াও হয়াও পীবিরকপদগী একাদমিগী অরৈবা পৈশা খরা হাপচিল্লরগা, অহানবগী ওইনা 'আদি লীলা'গী শরুক খরসি ফোঙদোকচরি। মমল নাইদ্রবা শেলগী মতেঙ পীবিরকপগী দমক্তা দিপার্টমেন্ট অফ কলচর নিউ দিল্লিবু একাদমিনা মশিং নাইদনা থাগৎচরি।

লাইরিক অসিবু বাংলাদগী মীতৈলোন্দা হন্দোকপিরিবা শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহনা মকমদদি একাদমিনা অচৌবা লম্মন অমা তোনশিন্নবনি। পণ্ডিত অসিনা হিংলিঙৈদা মমুংদা লাইরিক অসিগী শরুক খুদিংমক মীয়ামদা থমজনিংবনি। অদুবু য়াম্না মতম চংবা পোং অমা ওইবগা, শেল-খুমগী অরাবা কয়া মায়োক্নবগা, অনিংবা অসি য়াম্না থুনা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমজদ্রি। অদুবু মতুংদা খুদোংচাবা অমা ফংজরক্লবাদি মণিপুরী বৈষ্ণব-সমাজগী য়াম্না মরু ওইরিবা লাইরিক অসিবু মীয়ামগী মাঙদা মপোপ কাযদনা পুথোকচগনি। পণ্ডিত অসিনা কুইনা পুন্সিদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌবা ঙম্নবা ঈশ্বরগী মফমদা হয়া হয়া খুরুমজবি।

লাইরিক অসিনা মীয়োন্দগী হন্দোকপা ওইবগা, নৈনবিবা বিষয় অসিনগা য়াম্না অরাইবা ওইদবনা, প্রুফ অমদি অতৈ অতোপ্পা অশোয় অঙাম য়েংশনবিনবগীদমক্তা, একাদমিনা পণ্ডিত শ্রীঅষেকপম চন্দ্রমণি সিংহগী মফমদা হায়জরকই। পণ্ডিত অসিনা হয়াও-হবাও য়াবিরদুনা লাইরিক অসিবু কুপ্পা শেন্নবিদুনা অরাবা থোদাং অমা লৌবিবদগী অশোয়-অঙাম য়াওদনা নীয় মগী মফমদা ফোঙদোকপা ঙমকবনি। অসিদমক্তা একাদমিনা শ্রীঅষেকপম চন্দ্রমণি সিংহগী মফমদা অচোবা লম্মন অমা তোনশিল্লি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেঙ লৌজখিবা, ঐথোয়না খুদিংমক পক্কবদি ঙমদ্রবা, মরুওইনা নম্বগী অচৌবা পোৎলুম লৌবিরিব দ ইষ্টর্ন ইন্দিয়া স্টেন্ডার্ড অফসেত এন্দ লেত্তর প্রিন্টিং প্রেস, কৈশামথোং, ইম্ফালগী মেনেজর অমদি থবক তৌবিরিবসিংবু একাদমিনা হয়া হয়া থাগৎচবি।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি





শ্রীতোংব্রম গৌরমনি সিংহ ভক্তি রত্ন
সেগালম্বী কোঞ্জেং হাজারী লৈকাই, ইম্ফাল

# শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহগী শমলঙ্গা পুন্সি-ৱারী

শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহ খৃঃ ১৯০৯ গী জানুৱারী থাগী তাং ৭ থাংজ সুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীতোংব্রম বড়াচাওবা, অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি চাওবী দেবী কৌই। চহি মঙা ওইরকপদা লাইরিক তম্বা হৌই। মতম অদুদা বাংলা লোল তম্বরম্মী। চহি তরানিথোই ওইরকপদা ক্লাস সিকস কাখলী। লাইরবনা মরম ওইদুনা ক্লাস সিকসতা থা মাপল তম্নগা চহিগী পরিক্ষা থাদ্রিঙৈদা লাইরিক তম্বা তোকই। অদুদগী ক্নুরিৎ তুবা তমদুনা য়ুমগী মতেঙ পাংনবা হোৎনৈ। অদুবু ফিভমনা যাদদুনা থাদোকখ্রবস্ত মত্তাং চাবা মতমদা লাইরিক-লাইশুগী ৱাখলদি থাদোকপা লৈখিদে। কৈরোই-লৈকাযগী অমদি মরুপ-মপাংশিংগী অরু-অরুবা দরখাস্ত কযা ময়ামনা মহাকপু ইহল্লি। মতুংদা কৈরোই-লৈকায়গী অঙাং-শিংগী ময়ুম ময়ুম চত্তুনা লাইরিক তাকপিবদা ফংলকপা শেলনা ইমুং মনুংগী তেংবাংই। খৃঃ ১৯২৯ গী অদুৱাইদা মতম অদুগী দরবার মেম্বর ওইরম্বা শ্রীযুক্ত সঞ্জেনবম নদীয়াচান্দ সিংহগী মতেংদগী মেম্বরগী শঙ্গোয়দা নুপী স্কুল অমা হৌদোকখি। নুপীমচা তরাতরুক্কা লোযননা মপী লাইরিক লেম্না য়েন্দুনা, ফীনচিংবা অমত্তা লৌদনা লাইরিক তম্বীবা হৌখি। মতুংদা কাংওবম লৈকায়দা লৈবা ভদ্রলোক শ্রীযুক্ত কোইজম অমুবি সিংহনা হায়বদগী মযাই চাবা য়েংদুনা ভদ্দলোকী মমাং শঙ্গোযগী দুতলাদা গাল হায় স্কুল হায়না মিং থোন্দুনা নিংথিনা চৎথখি। মতুংদা রিকোগনাইজ তৌবিখি। ওজা ওইনা ওইনা মথা তমথদুনা ক্লাস আইট ফাওবা প্রাইভেৎ থাদুনা পাস তৌখি। চহি খরা ওজা ওইরম্নগা মমৈথংদা স্কুল অসি থাদোকখি। মতুংদা খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী চেকথোং নম্বোম্বীদগী ৱাহেংবম লৈকাইরোমদা নীপা কৈথেন অমা শেমগৎতুনা লৈকায়গী মরুপ অমগা লোয়ননা দুকান ফম্বা হৌই। সংসারিকী মায়াগী ৱাখল অত্তাং পিশক ওইরিঙৈদগী লাপ্না থমলকই। ব্রহ্মাচায্যগী নিয়ম কায়দনবা হোৎনরকই। মমৈথংদা চান্না অনী চারম্বদগী চারা অমতং সুংথিন্দা

চারগা মুংদাংদদি ব্রত তৌখি। ঙানচিংবা চারম্বসু থাদোকখি। পিল্লিঙৈদগী পামজ-ন্নকপনা মতম অদুদগী হৌদুনা লাইরিক-লাইশু ইবা হৌখি। 'যুগ মরি' অমসুং 'বৃন্দাবন মুংঙাযবা চরোং' কৌবা লাইরিক অনী ইপি, অদুবু খুদোং চাম্নবদগী কোঙ-দোকপা ঙমখিদে।

'শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত' হায়বা লাইরিকসি খৃঃ ১৯৬৬ তা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা হৌখি। লাইরিক অসিগী হন্দোকপগী মতাংদা অইবনা অমুম্না কোঙ-দোক্লি, 'শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগীদমক পোকলক্লগা ইবুংঙো মওংদা করিসু কৎপা ঙমদ্রে হায়দুনা নিতিগী সেবাগী মওংদা দণ্ডবৎ ১০৮ কৎপা কাউজরক্লে, অমুম্না চহি কয়া চংথদুনা লাকচরি। খৃঃ ১৯৬৬ ইংদগী শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ধর্ম্মগী লাইরিক মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা হৌজখি। অম্স্যু খণ্ড লোইজগদৌরে। শ্রীগোবিন্দগী সেবা কংজনবগী মরমদা ইজরুবনি। তোল্লবা ঐনা কোংজবা ঙমদ্রবা অসিবু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা শ্রীশ্রীগোবিণ্ডজীউগী সেবা ওইনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চাউখৎনবগী থোংদা চংথবিরক্লিবা পুক্লিংগী ফিভম অদু উজবদা থম্মোয়দা প্রেমগী ইথক তোয়না হৌজরি। প্রেমগী ইথক অসিনা, লাইরিক অসিগী মরুমদা অপনবা খুদোংথিবা পিরগদবা পুম্নমক অদু তাওথখিবা ওইসনু হায়না শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দা খুরুমজরি।"

চহি ৮০ হেল্লবা পণ্ডিত অসি হৌজিকসু মশা খিংনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌরি। মতম কুইনা পুন্সিবা ঈশ্বরদা খুরুমজরি।

# খুরুমজরবা

সাধন-ভজন থৌজরিবা, শাস্ত্র-জ্ঞান য়াওজরিবা পণ্ডিতশিংনা ঐনা জীবগী হী-য়াই (চিন্তামণি) ওইবা "শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত" কৌবা গ্রন্থগী য়াম্না লুপ্রবা লাইরিক অসিবু মীতৈ লোন্না পয়ারদা (শৈরেংদা) অন্বয়, অনুবাদ, টীকাগা লোয়ননা অর্থ হন্দোক-চরিবা অসি ইত্তিক চাদবনি, মথিক নেম্না মীনা খা-লাম্বগুম্বনি, মথোং তেকপা মীনা চীং কাগে হোৎনবগুম্বনি; ভক্ত, বৈষ্ণবশিংনা নীংনা থুংগনি হাইনা আশা তৌজবে। অচুম্বদি ওইরগা অপণ্ডবা ঐবু মুংশিনবা শ্রীকৃষ্ণ ওইনাম লাইওম্‌সিংহনচিংবা কাকৈথেনবগী লাইরিক হাইবা থরনা, প্রাণ গৌরহরিগী মরমদা অথৌবা থরদং ইয়ু হাইনা থৌদাবিবদা থিক্তোকচনীংদহুনা অমসুং বৈষ্ণব সেবা তৌবগী মওংসু ওইবা য়াই হাইনা খন্দুনা ইরুবনি।

কনাগুম্বা মীবু দোষ পীনীংজরবা অমসুং নিন্দা তৌবা হৈত্রবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পণ্ডিতবা ননাইনা ইজরিবা অসিগী মচুংদগী করিগুম্বা রস-তত্ত্ব অশোই-অতাম য়াওরবদা খেংনবিরবদি চুমথোক্‌চনবগীদমক কৃপা তৌবিবু হাইনা ভক্তশিংগী চরণগী হুন্না হুন্না খুরুমজরি।

করিগুম্বা মরম থরা অতম্না ভাব তাননবগীদমক শন্দোক্পা ইজরিবা অসিগী মমিংবু 'গৌর-কৃপা-টীকা' হাইনা থোঞ্জরি। টীকা অসিগী মমিং তাবদা কনাগুম্বনা নোক্লীংবা য়াই; অচুবু মী ওইবা ঐখোয় অসি ইবুংঙো মহাকী (শ্রীকৃষ্ণগী) নাম শোন্‌বা ঙম্বা মপোক ওইহন্নী হাইবা থরবদগী "গৌর-কৃপা-টীকা" হাইনা থোঞ্জরকবনি, অকাইবা চাম্বা ঙাক্পিনবগীদমক বৈষ্ণবশিংগী চরণদা ভক্তি তৌজরি।

জগৎ-গুরু শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গগী মনাই প্রেমগী মূর্ত্তি ওইবা ঐখোয়গী শ্রীগুরুদেব শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না গন্নাদা ইরুজবদা হকচাং অচু শন্নোম ওনখ্রবদা, মতুংগী মপোক্পা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী য়ুম্ফম ওইবা শ্রীধাম্ মণিপুর সনা লৈবাক্কী রাজর্ষি ৺শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ওইনা সাইওন্দুনা (পোক্লুনা) শ্রীশ্রীরাধা-গোবিন্দ, মহাপ্রভুগী সেবা পিরম্বিবা অসিগী মরমদা—ব্রহ্মা, শিব, নারদনা নীংথাবা ঙমদ্রবা, অপুম ওইবা প্রাণ গৌরহরিগী গুণবু, করিম্থু থৌজরবা হৃদগী হেন্না তোনগ্রবা ঐনা শ্রীগুরুদেববু খুরুমজহুনা, ভক্তি পাম্বীদা ঈশিং চাইবগী মওং ওইনা, বৈষ্ণব সেবানি হাইনা নীংজহুনা পামজবা থরদং ইজহুনা রসরাজ মহাভাবকী রূপক ওইবা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোগী চরণদা দণ্ডবৎ তৌজহুনা প্রেমগা লোয়ননা কচ্চরি। ইতি-তাং ১৫। ৭। ৬৩ ইং।

বৈষ্ণব-খুন্না-উকুল-ভিখারী
শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহ
সেগালম্বী, কোঞ্জেংহাজারী লৈকাই,
ইম্ফাল।

# লাইরিক লেংলিবা ( গ্রন্থকার )

## ৺কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী জীবনী ( পুন্সি-ৱারী )

বর্দ্ধমান জেলাগী কাটোয়া মহকুমাগী মনুংদা লৈবা ঝামটপুর কৌবা খুন্দা কবিরাজ গোস্বামী পোকই। থাঙনগী তত্ত্ব-থিবা পণ্ডিতশিংনা খৃষ্টাব্দ ১৫৩০ দা মহাক কাপ্পগং-লকপগী ওতম্বি হাঙৈনৈ। মহাকী জাতিদি বৈদ্য ( মাইবা শাবা ) নি। মহাকী মপাগী মমিংদি ভগীরথ কবিরাজ অমসুং মমাগী মমিংনা সুনন্দা দেবী কৌই মহাকী মনাও অমতং লৈরম্মী মমিংনা শ্যামদাস কৌই। মহাকী ইমুং-মণুং অসি ইনাক্‌খুন্‌বা ইমুং-মমুং নত্তে।

গোস্বামীনা চহি তরুক চংলকপা মতমদা মহাকী মপা ইবুংঙো লৈখিদরে, অতুদগী অমুক ইকুই-কুইদনা মমা ইবেমমসু লৈখিদরে। অতাং ওইনা গুরুজন কাঙনবনা মপাগা পোক্নীরবা মনেগী য়ুমদা লৈখি।

অতাং ওইরিঙৈদগী গোস্বামী মহাশয়না পাম্‌জবা নীংজবা হাঙৈববু সংস্কৃত নাংখিনা তম্‌লুনা সাধুশিংগী মনাক্তা কম্‌জনা অসিনি, শেন-থুম্‌ তান্‌বগী মহুৎতা ঈশ্বরগী ৱাথন্দা লুপ্পুনা মতম অয়াম্বদা লৈ।

চহি ২৬ কুনতরুক্‌ চংলকপা মতমদা মাবু য়োকপিরিবা এনে স্বর্গারোহণ ওইখ্রে ( শিখ্রে ), মনেন। থনম্বা শেন্‌-থুম্‌ পুম্নমক মনাও শ্যামদাসকী মখুৎতা শিন্নৱগা মশানা ধর্মদা মাঙ ওন সিন্দুনা মতম লেল্লী। মতৌ অসুম তৌত্তুন এহাক্র চহি ২০ কুন মরুম লেৱক্লে।

অতুদগী মহাপ্রভু শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গগী অঙকপা লীলা তাবদা শ্রীগৌরাঙ্গবু থাজৈশেংবা ( স্বয়ং ) ভগবান্নি অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ মহাপ্রভুবু ভগবানগী অবতারনি হাঙৈনা গোস্বামী মশানা লেপ্লে। নোংমা মহাকী মমঙদা শ্রীশ্রীনিত্যানন্দবু উরম্মী, অতুদগী মহাকী পুক্নিং অমা হোংখিত্নুনা নোংঙাপ্পগা অযুক্ত অঙন্‌বদা সংসার থাদোক্লুনা লৈবাক লেবাক থুদিং কোঙৈননবগীদমক মপান্‌ থোক্লক্লে। মনৈথংদা শ্রীবৃন্দাবনদা থুংখি। এফম অদুদা ভক্ত-চূড়ামণি রূপ, সনাতন, রঘুনাথদাস, জীব গোস্বামী, অসিনচিংবা বৈষ্ণবশিংগা তিন্নজবা ফংজখি অমসুং রঘুনাথ দাসকী মফমদগা দীক্ষা ফংলুনা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ ( তাবা ) অমসুং পাবদা থৱাই য়াওখি।

অসিগী তুংদা বৃন্দাবনদা লৈরিবা বৈষ্ণবশিংগী যাথং মতুং ইন্না গোবিন্দ-লীলামৃত, কৃষ্ণকর্ণামৃত টীকা, ভাগবতকী অরুবা অর্থ, অদ্বৈত সূত্রগী কড়চা, স্বরূপবর্ণন, বৃন্দাবন

থাব, গোস্বামী, ভক্তকী সংস্কৃত-সূচক, চৌষট্টি দণ্ডনির্ণয়, প্রেম রত্নাবলী, বৈষ্ণবাষ্টক, রাগ মালা, শ্রীরূপ গোস্বামীগী হায়রীগী রামচং, রাগময় করণ, পাষণ্ডদলন, বৃন্দাবন-পরিক্রমা, রাগ-রত্নাবলী, শ্যামানন্দ প্রকাশ, সার-সংগ্রহ অমসুং মথৈবংদা ইকোন্-কোন্বদা শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংখি। ইকোন্-কোন্বগী লাইরিক্ অসি লেংবদা চহি মাপন চঙখি। করিবু হায়রিসিগে অকোন্বগী লাইরিক অসি বৈষ্ণবশিংগী লাইরিক শাস্ত্র পুম্নমক্কী মরু ওইবা মাকোক্তি চাইবত্তু ফজনা খণ্ডহনগে হায়রবগীদমক অমসুং থাজনবগীদমক শ্রীজীব গোস্বামীনা যমুনাগী ঈশিংদা লংথে। লংথরিবা অদুগী মরম রাহোদোক অশঙ্বদি—নোংমা শ্রীশ্রীরাধা দামোদরগী নাক্তা শ্রীজীব গোস্বামীনা ভক্তশিংগা লোয়ননা লৈরিবৈদা মতমদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরিক অসি পুরক্তুনা লাকই। কবিরাজনা শ্রীজীব গোস্বামীদা দণ্ডবৎ তৌদুনা থুরমচৈ, মখোয় অনিমক খুংঙাইদুনা কোয়ে। কবিরাজনা জীব-গোস্বামীগী মফমদা লাইরিক অদুগী মরমদা হাংবা খরা তৌবিনবা হয়চৈ, মাদুগী মতুংইন্না লাইরিক অদু য়েংবদা পুক্নিংদা অণ্ডক্পা ফংনা মুংঙাইরে অমসুং পেরে ; লাইরিক অসিনা বৈষ্ণব-ধর্ম্ম খন্দোক্লবগনি হায়না নীংলে। অদুগা মপান্থোংদগি, থুমুনা থম্বগদবা পোৎপু মীওইবনা খণ্ডকম থোক্তবা পরকীয়া ভাব মহাভাবপু য়াম্না কোংদোক্না মচা থায়না ইরে হায়দুনা শাওসিল্লরে। অদুদগী শ্রীজীব গোস্বামীনা লাইরিক অসিনা মগুন অসি কোংদোক্লীংদুনা শাওসিল্লরগা খুদক অদুম নদা যমুনাগী ঈশিংদা লংথখ্রে। হেক লংথবগা যমুনাগী ঈশিং অসি ইথক-থক্হোদনা ঈহোরক্লে, মথক্তা তাপ্তদুনা লৈরম্বা পোৎ পুম্নমক ঈশিংগী ঈরৈনা ছুরু-ছুরু লৈদুনা, য়েংবদা অণ্ডক্পা ফংনা যাম্না থুনা ঙাউথখরে। তৌইদুবসুং লাইরিক অসিদি কাংঙনা ঈশিংগী ঈয়াইদা মুংঙাইনা শাম্বগুম্না, মুমিংকী মঙাল্না য়েংবদা ইলং-লংদুনা লেঙদনা তাপ্তদুনা লৈবে। মতৌ অসি উবদা শ্রীবৃন্দাবনদা লৈরিবা বৈষ্ণব পুম্নমক্কা শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজবু য়াম্না থাগৎনরক্লে। মতম পবা ঈশিং-ঈচেন অদুগী মথক্তা লেঙদনা তাউরম্লগা ঈচেনগী মাইয়োক্তা হঙংনা লাইরিক অসি চেনখৎলক্লে। মতৌ অসি উরিবা অমসুং অহানবা মী পুম্নমক্কা পুমণক-ওক্লরে। মতৌ অসুম তৌনা মুমিং হুম্নি ঈশিংগী মথক্ত য়াম্না লাপ্না চৎলুরগা লাইরিক অসি শ্রীমদনমোহনগী মন্দিরগী মনাক্তা গোবিন্দ ঘাট কৌবা মফমদা ঈথক্তগী হুনগৎলদুনা কাখৎলক্লে। ঈশিংদা মুমিং হুম্নি লৈরুবা মতম অদুদা মী পুম্নমক্কা লাইরিক অসি লোখৎকদবগী য়াম্না কন্না হোৎনখি, অদুবু ওয়াথিদে মত্তোমদা কাখচ্চরক্পনি। লাইরিক অসি কবিরাজগী থমোইদা মদন মোহন্না লেংশিন্দুনা ইহনবনি, মাসিদা থাজত্রবদি মী অদুগী উদ্ধার ওইহনবগী লাম্নবগী উপায় লৈত্রে, মাসি নত্তনা বৈষ্ণবশিংনা নীংননবা থুরম্নবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে। লাইরিক অসি ইবা মতমদা চৈতন্যনা ফমদুনা লৈরিবনি। লাইরিক অসিবু থাজরবদি নিত্যাই-

চৈতন্য চরণগী প্রেমধন ফংজনি। মুমিং হন্নি অহুগী মতুংদগী শ্রীজীব গোস্বামীনা নবদ্বীপ্তা থাননবগীদমক লাইরিক অসি থমজিনখি। মতৌ অদুম্না শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরিক অসি খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বসি খঙহনগে হায়বগীদমক লাইরিক অসিগী পরিচ্ছেদ খুদিংদা ( মতাং খুদিংদা ) 'কৃষ্ণদাসনা লেংজৈ' হায়বা ভণিতা অসি শ্রীজীব গোস্বামীনা ইহন্‌খি।

মতুংদা লাইরিক অসি গৌড়-দেশতা থারক্‌পা মতমদা বাঁকুড়া জিলাগী মমুংদা লৈবা 'বনবিষ্ণুপুরগী' নিংথৌ বীরহাম্বীরনা হুরানখিবা পাউ চসি গোস্বামীনা খৃষ্টাব্দ ১৬১৫ দা ( শক ১৫৩৭ তা চান্দ্র আশ্বিন শুক্লাদ্বাদশীদা ) তাবদা মশা থাদোকখ্রে। মতম অহুদা গোস্বামীনা পণ্ডিত ওইবা লৌশিংশিংবা অহৈবা কবি ওইরম্বা অহুতা নত্তনা ভগবদভক্তি লৈবা, প্রেম লৈবা, লমচৎ ফজবা েতবাক্‌মচা তাবা মীওংস্র ওইবম্মী। মহাকুম্বা মীদি ইলৈ-লৈরম দে হায়বম্ব য়াই।

শ্রীশ্রীচৈতন্যদেবগী ভক্তশিংগী মফমদদি, মহাকী পোম্নকম লম দম ঝামটপুর কৌবা মফম অসি, অশেংবা তীর্থগী মশক্নি। মফম অসিদা শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী বিগ্রহ ( মুর্ত্তি ), উগী খুরুম ( প্রভুনা তো·লম্বা ) অমস্তুং পূজাগী মন্দির লৈ, অমস্তুং পূম্নমক অসি নিত্তিগী পূজা তৌহুনা লৈ। প্রভুগী ভক্তশিষ্য মুকুন্দ দত্তনা লাইরিক অসি শিন্দোকখি। শিন্দোকপা লাইরিক অহু মফম অসিদা য়াম্না চেকশিন্না থম্মী, তৌইগুম্বস্তুং গোস্বামী মশাগী মখুৎমক্তা ইবা লাইরিক অহুদি শ্রীশ্রীবৃন্দাবন ধামদা দামোদরগী মন্দিরদা ভাম্ভোইহনা লৈরি। ভারতভা মহাপ্রভুবু পূজা তৌনরিবা মতম মখৈদি "কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী মমিং অসি মীগী থম্মোইদা ভান্দুনা লৈরগনি।

—o—

## শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত। আদি লীলা
## অনিশুবা শরুকী সূচীপত্র।

## নীপান শুবা মতাং



## মপাল শুবা মতাং



## তরাশুবা মতাং



## তরামথোই শুবা মতাং



## তরানিথোই শুবা মতাং



## তরাহুমদোই শুবা মতাং

হিরম লামায়



পয়ার ১০ টিকানা ৪৬২ দা যাওই পয়ার ১৭ টিকিনা ৪৬৬তা য়াওই শ্লোক ৩গী টিকানা ৪৬৭ য়াওই পয়ার ২০ গী টিকানা ৪৬৮ দা য়াওই পয়ার ২৩ গী টিকানা ৪৭১ দা য়াওই

## টীকা শীবদা মথাগী থুদমশিং অসি শীজিন্নজরে।

| | |
|---|---|
| ১। স্বামী—শ্রীধর স্বামী | ১৪। পূ—পূর্ব্ব |
| ২। তোষনী—শ্রীমদ্ভাগবতকী বৈষ্ণব তোষনী টীকা | ১৫। দঃ—দক্ষিন |
| ৩। শ্রীজীব—শ্রীপাদ জীব গোস্বামী | ১৬। উঃ—উত্তর |
| ৪। চক্রবর্ত্তী—শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী | ১৭। পঃ - পশ্চিম |
| ৫। বিদ্যাভূষন—শ্রীপাদ বলদেব বিদ্যাভূষন | ১৮। তাঃ—তাপনী |
| ৬। গী ( শ্রীগী )—শ্রীমদ্ভাগবদ গীতা | ১৯। উ, নাঃ—উজ্জল নীলমনি |
| ৭। গোঃ লীঃ শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত | ২০। প্রঃ—প্রকরন |
| ৮। ভ : ( শ্রীভাঃ ) - শ্রীমদ্ভাগবত | ২১। বিঃ পুঃ—বিষ্ণু পুরাণ |
| ৯। আনন্দ চন্দ্রিকা—শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী কৃত উজ্জল নীলমনি টীকা | ২২। ব্রঃ সঃ—ব্রহ্মসংহিতা |
| | ২৩। সন্দর্ভ—ষট সন্দর্ভ |
| ১০। লোচন-রোচনী—শ্রীজীব গোস্বামী কৃত উজ্জল নীলমনি টীকা | ২৪। পঃ পুঃ পা - পদ্ম পুরান পাতাল খণ্ড |
| ১১। ভঃ সঃ সিঃ—ভক্তি রসামৃত সিন্ধু | ২৫। ব্রঃ সুঃ—ব্রহ্ম সুত্র |
| ১২। লঃ ভাঃ—লঘু ভ গবতামৃত | |
| ১৩। গোঃ তাঃ—গোপাল তাপনী শ্রুতি | |

বরিগুবা মফমদা শ্রীচৈতন্যচরিত মৃতগী প্রমান উচ্চারি, মাহুদদি লাইব্রিকী মমিং হাপচত্রে। অহ ময়েক থর ইরম্নগা তো:চবে, মফম অহুবু খণ্ডবিগদবদি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা য়াওত্রে হাঙ্গনা নংবিয়ু। অহানবদ ১ ইবনা আদি-লীলা '২' ইবনা মধ্য-লীলা অমসুং '৩' ইবনা অন্ত্য লীলানি নীংবিয়ু। অহানবা অঙ্ক ময়েক্কা লীলাগী অঙ্ক, অতুগী মতুংদা মতাংগী অঙ্ক অমসুং মমেদা পয়ারগী মশিং॥ অমসুং শ্লোকী অঙ্ক ইজরে। মাহুদি ১।২।২২ লৈরম্নবদি আদি-লীলাগী মতাং অনিশুবগী পযার কুম্নিথোই গুবনি হাঙ্গন। খণ্ডবিয়ু, ৩।৫।৮ লৈরম্নবনি অন্ত্য লীলাগী মঙাশুবা মতাংগী পয়ার নীপান গুবনি নীংবিয়ু।

---

লাইব্রিক অসিগী অহানবা অমসুং অনিশুবা শরুক্তা য়াওরিবা গৌর-কৃপা টীকা হায়রবা টীকা অসি বাংলা পণ্ডিত শ্রীরাধা গোবিন্দনাথকী লাইরিক্তা য়াওবা মশাগী টীকা অদুদা মুক্কম ওন্থরগা হন্দোকপনি।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## অহানবা ( আদি ) লীলা

### ৬ শুবা মতাং

বন্দে তং শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যমদ্ভুত চেষ্টিতম।
যস্য প্রসাদাদজ্ঞোঽপি তৎস্বরূপং নিরূপয়েৎ ॥ ১

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দয়াময়।
জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত মহাশয়। ১

অর্থ :—

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দয়াময়।
জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত মহাশয় ॥ ১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো। ১। অন্বয়। অদ্ভুতচেষ্টিতং ( অঙকপা থবক ) তং ( অদুম ওইবা ) শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যং ( শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যবু ) বন্দে ( ঐনা খুরুমজরি ), যস্য ( মহাকী ) প্রসাদাৎ ( কৃপানা, থৌজান্না ) অজ্ঞঃ ( লাইরিক হৈতবা অপঙবা মী, মূর্খ ) অপি ( অমসুং ) তৎস্বরূপং ( মাগী তত্ব ) নিরূপয়েৎ ( লেপ্পা ঙম্মী )।

অনুবাদ। ইবুংঙো মহাকী কৃপানা লাইরিক হৈতবা অপঙবা মীসু ( মূর্খসু ) মহাকী তত্ব লেপ্পা ঙম্মী, অদুম ওইবা অঙকপা থবক তৌবা শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যবু ঐনা খুরুমজরি ।১।

অঙকপা-থবক – নীংজবা মতমা মহাক্না স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু অবতার তৌহল্লী ( পাইওনহল্লী ), মতৌ অসিমক শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যগী অঙকপা থবক্নি।

মতাং অসিদা শ্রীঅদ্বৈত তত্ব হায়জগদৌরি ; অহুনা ইহান-হানবদা লাইরিক লেং-লিবনা ( কবিরাজনা ) শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজহনা মহাকী কৃপা নিজরি। মহাসিগুনী মপক নাইন্না প্রকৃতিনা জগৎ শেম্বগী মচাক দান তৌই, মশামক্না মরূওইবা মচাক ওইনা ... শ্রীঅদ্বৈত-তত্বনি

পঞ্চশ্লোকে কহিল এই নিত্যানন্দ তত্ত্ব।
শ্লোকদ্বয়ে কহি অদ্বৈতাচার্য্যের মহত্ত্ব॥ ২

তথাহি শ্রীস্বরূপগোস্বামি কড়চায়াম—

মহাবিষ্ণুর্জ্জগৎকর্ত্তা মায়য়া যঃ সৃজত্যদঃ।
তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্যমীশ্বরঃ॥ ২
অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তিশংসনাৎ।
ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে॥ ৩

অদ্বৈত-আচার্য্যগোসাঞি সাক্ষাৎ ঈশ্বর।
যাঁহার মহিমা নহে জীবের গোচর॥ ৩
মহাবিষ্ণু সৃষ্টি করেন জগদাদি কার্য্য।
তাঁর অবতার সাক্ষাৎ অদ্বৈত আচার্য্য॥ ৪

অর্থ :—

শ্লোক মঙাদা হাঙ্গখরে নিত্যানন্দ তত্ত্ব।
শ্লোক অনিদা হাঙ্গরি অদ্বৈতাচার্য্যগী মহত্ত্ব॥ ২
অদ্বৈত-আচার্য্য গোসাঞি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনি।
মাগী মশুগ জীব-না খঙজবা ঙমদবনি॥ ৩
মহাবিষ্ণুনা জগৎ শেম্বগী থবক তৌই।
মানা সাইওন্নগা সাক্ষাৎ অদ্বৈত আচার্য্য ওই॥ ৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

২। শ্লোক মঙাদা—অহানবা মতাংদা হাঙ্গখিবা শ্লোক ৭—১১ অহুনি। শ্লোক অনিদা মথাদা উংলিবা শ্লোক অনিদা; শ্লোক অনি অসি অহানবা মতাংগী শ্লোক ১২/১৩ অহুনি। শ্লো। ২। ৩। অন্বয়নচিংবা অহানবা মতাংগী শ্লোক ১২/১৩ দা য়েংবিয়ু।

৩। "মহাবিষ্ণুঃ" অসিনচিংবা শ্লোকী অর্থ তৌজরি। সাক্ষাৎ ঈশ্বর—ঈশ্বর অসি মহাবিষ্ণুগী অবতারনি হাঙ্গহুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু 'সাক্ষাৎ ঈশ্বর' হাঙ্গরিবনি। শ্রীঅদ্বৈতদি অচম্বা জীব তত্ত্ব নত্তে; ঈশ্বর শক্তিনা ওইবা ভক্ত অথোইবা জীবত্ত্ব নত্তে, মহাক্তি ঈশ্বর তত্ত্বনি। মরম অসিনা ইবুংঙো মহাকী—মগুণ্ডি জীবগী বুদ্ধিনা খঙজবা ঙমজদে। পয়ার অসিনা শ্লোকতা য়াওরিবা "ঈশ্বরঃ" বাহৈগী অর্থ তৌজরে।

৪। মহাবিষ্ণুনা—কারণার্ণবশায়ী পুরুষবা। মিৎনা অয়াকলগী য়েংবদা প্রকৃতিদা শক্তি হাপ্পুনা ইবুংঙো মহাক্না শেম্বিবা শাবিবা মপা (নিমিত্ত-কারণ) অমসুং মশাক

যে পুরুষ সৃষ্টি স্থিতি করেন মায়ায়।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি করেন লীলায়॥ ৫
ইচ্ছায় অনন্ত মূর্ত্তি করেন প্রকাশ।
এক এক মূর্ত্ত্যে করেন ব্রহ্মাণ্ডে প্রবেশ॥ ৬
সে পুরুষের অংশ অদ্বৈত নাহি কিছু ভেদ।
শরীর বিশেষ তাঁর নাহিক বিচ্ছেদ। ৭

অর্থ :—

মায়া জগৎপু শেম্বিবা লৈহল্লিবা মানা।
মশিং নাইদবা ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী ইলাই-লাঙ্গনা॥ ৫
নীংলকপদা মশিং নাইদবা মূর্ত্তি পুথোকই।
মূর্ত্তি অমম্মা ব্রহ্মাণ্ড খুমিংদা চংই॥ ৬
নীপা'ডুগী অংশনা অদ্বৈত ওই খেন্নদে।
মাগী ভশেংবা হকচাংনি করিস্মু খেন্নদে॥ ৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পুথোকপা (উপাদান-কারণ) ওইহনা জগৎ শেম্মী। ১।৫।৫০-৫৭ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। মানা শাইওন্নগানচিংবা—কারণার্ণবশায়ী মহাবিষ্ণুনা শাইওন্নগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ওই; অদুনা শ্রীঅদ্বৈত অসি মহাবিষ্ণুগী মশকমক্কি। মাসিনা শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বনি।

৫-৬। মানা—কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা হায়বদি মহাবিষ্ণুনা। শেম্বিবা লৈহল্লিবা—ব্রহ্মাণ্ড শেম্বিবা অমসুং ঙাকপিরিবা। নীংলকপদা—বাখল তৌরকপদা, মশিংতোহনা। মশিংনাইদবা মূর্ত্তি—শিংনাবা ওমদবা মশক। মূর্ত্তি অমমম্মা—গর্ভোদশায়ী ওইনা ব্রহ্মাণ্ড খুমিংদা চংলনা লৈ। 'পয়ার ১।৫।৭৮ গী টীকাদা য়েংবিয়ু।

৭। নীপা'ডুগী অংশনা—মথক্কী পয়ারদা অহন্নদা হায়খিবা কারণার্ণবশায়ী পুরুষ হায়বদি মহাবিষ্ণুগী অংশনা শ্রীঅদ্বৈত ওই। খেন্নদে—অংশদা অংশীগা মশক্তি খেন্নদে হায়বনা অংশ শ্রীঅদ্বৈতনা অংশী মহাবিষ্ণুগা মশক খেন্নদে। ভশেংবা হকচাংনি—মমানা মূর্ত্তিনি, অদুনা শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙো অসি মহাবিষ্ণুগী অতোপ্পা অমা নত্তে।

সহায় করেন তাঁর লইয়া প্রধানে।
কোটি ব্রহ্মাণ্ড করেন ইচ্ছায় নির্ম্মাণে। ৮
জগত মঙ্গলাদ্বৈত মঙ্গল গুণধাম।
মঙ্গল চরিত্র সদা, মঙ্গল যাঁর নাম॥ ৯
কোটি অংশ কোটি শক্তি কোটি অবতার।
এত লঞা সৃজে পুরুষ সকল সংসার॥ ১০

অর্থ :—

অদ্বৈতনা মাগী তেংবাংঙী, প্রকৃতি য়াওনা।
কোটি ব্রহ্মাণ্ড শেমগে নীংবদা তেংবাংঙী মানা॥ ৮
জগৎ মঙ্গল অদ্বৈতনি মঙ্গল গুণ লৈকয়ি।
লমচৎ পূম্নমক মঙ্গলনি মাগী মমিং মঙ্গলনি॥ ৯
কোটি অংশ কোটি শক্তি কোটি অবতার।
মহাবিষ্ণুনা, ময়াম অসিনা শেম্মী সংসার॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮। তেংবাংঙী মাগী—শ্রীঅদ্বৈতনা মহাবিষ্ণুগী তেংবাংঙী৽ লৈশেম্বগী থবক্তা। কময়া? প্রকৃতি য়াওনা—প্রধান য়াওনা; প্রকৃতিগী গুণ মায়া—অংশবু জগৎকী মচাক ওইনা দান তৌরগা, শ্রীঅদ্বৈতনা মনিংতৌনা অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ড—শেম্বগী থুদোং চাবা পী। শেমগে নীংবদা তেংবাংঙী—শেম্বগী ময়মদা মচাক ওইনা তেংবাংঙী। পয়ার ১। ৫। ৫০—৫৬ টীকাদা য়েংবিয়ু।

৯। "অদ্বৈতো যঃ শ্রীসদাশিবঃ। গৌরগণোদ্দেশ-দীপিকা ১১॥" প্রমাণ অসিগী মতুংইন্না শ্রীঅদ্বৈতদা সদাশিবসু চঙ হুনা লৈ; শিব -গী অর্থদি মঙ্গল (মঙোল) হায়বনি। ময়ম অহুনা শ্রীঅদ্বৈতগী মমিং (নাম) গুণ, লীলা—পুম্নমক অসি জগৎকী মঙ্গল ওইনবগী মশক্তি। জগৎ মঙ্গল অদ্বৈতনি—শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙো অসি জগৎকী য়াইফনবগী মশক্তি; মাগী কৃপানা জগৎ মঙ্গল ওইবনি। মাগী মমিং মঙ্গলনি—অদ্বৈতগী মমিং লোৎপা জীবকী মঙ্গল ওই (য়াইফবা ওই)।

১০। কোটি অংশ কোটি শক্তি অমসুং কোটি অবতার য়াওনা কারণার্ণবশায়ী পুরুষ মহাবিষ্ণুনা সংসার পুম্নমক হায়বদি মমিং নাইদবা কোটি ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী। ময়াম

## গৌর-কৃপা-টীকা

অসিদা কোটি হাঙবসি মশিং নাইদবা হাঙবনি। মহাবিষ্ণুনা জগৎ শেম্বগী মরমদা মক্ত ওইবা মপানি অমসুং মচাক্তি; মরম অদুনা পয়ার অসিদা হাঙরিবা অংশ, শক্তি অমসুং অবতার হাঙগ্নিবা ময়াম অসি চিংনবা চৈতন্য মহাবিষ্ণুগী অংশনি, শক্তিনি অমসুং অবতারনি হাঙবা থঙ্‌হল্লী (থঙ্‌নগনি); তৌইগুবসুং অংশ, শক্তি অমসুং অবতার পূরনক অসিনা করি করিনো? মশিং থীবা ওমদবা ব্রহ্মাণ্ডনি; মাহুদা মশিং থীবা ওমদবা কোটি কয়ামুকী পোং মথল-মথল লৈ; পোং খুদিংমকী মচাক অহু ইমান-মায়দে; মরম অসিনা মিংনা উরিবা শেমজুনা লোইরবা জগৎ অসিগী অতোপ-অতোপ্পা মচাক পূরনকসু কোটি কয়ামুক্তি; তৌইগুবসুং জগৎকী মক্ত ওইবা মচাক্তি পুরুষ মহাবিষ্ণুনি (১।৫।৫৩); মহাবিষ্ণু অমতনা মচাক ওইনবগীদমক অংশ কোটি কয়ামুক মশিং থীবা ওমদনা থারদোক্লগা মিংনা উরিবা পোং কোটি কয়ামুক অসিগী মচাক মশিং থীবা ওমদবা কোটি কয়ামুক ওইনা ওল্রে। মহাবিষ্ণুগী অংশ কোটি হাঙরবদি মচাক কোটি কয়ামুক অসিবু থঙনগনি হাঙনা নীংই। অদুগা মহাবিষ্ণুনা মক্ত ওইবা মচাকী মপা কর্তা ওইরবসু গুণ অহুম্না লৈতেবা গুণ মায়ানা মপান্‌গী (মক্ত ওইদবা) মচাকী মক্ত ওইরে; গুণ মায়া অসিগী মশাগী মশক হোংদোক-হোংজিন তৌবা ওম্বা, পোংশক লেম্বা ওম্বা শক্তি লৈতে; অদুনা গুণ মায়ানা মশা মতোমতনা করিওম্বা পোংকী মচাক ওইনা ওনবা ওমদে; পুরুষ কী শক্তিদগী গুণ মায়ানা শেম্বা জগৎকী পোং কোটি কয়ামুক অসিগী মিংনা উবা ফংলিবা মপাবগী মচাক কোটি কয়ামুক অসি ওইরে (১।৫।৫০-৫২)। গুণমায়া মতোমতনা মিংনা উরিবা মচাক কোটি মশিং থীবা ওমদনা তোপ্প-তোপ্পা ওইননবগী-দমক, পুরুষগী শক্তিবু কোটি মশিং থীবা ওমদনা থাঙদোক্লিবনি; মহাবিষ্ণুগী কোটি শক্তি হাঙবদা, মহাকী শক্তিগী অসুম্না মশিং নাইদবা অঙকপগী মশক ওইনা থাঙদোক্লিবা অসিবুনি হাঙনা নীংই। কোটি অবতার—কোটি ব্রহ্মাণ্ডগী মমুংদা খুদিংমকী মচাক ওইনা অমদি মচাকী লৈকম ওইনা অবতার তৌবা। অমদি, কোটি ব্রহ্মাণ্ডগী খুদিংমকী মমুংদা গর্ভোদশায়ী ওইনা অমসুং কোটি জীবগী খুদিংমকী অন্তর্যামী পরমাত্মা ওইনা মহাবিষ্ণুনা অবতার তৌই।

শ্রীঅদ্বৈত-তত্ত্বগী মরমদা মহাবিষ্ণুগী কোটি অংশমচিংবা হাঙকরিবগী মরমদি অসিনি, শ্রীঅদ্বৈতদি জগৎকী মচাক্তি অমসুং পয়ার অসিদা "কোটি অংশ কোটি শক্তি"না জগৎকী মচাক ওইবগী মা হাঙদি; অদুনা জগৎকী মচাক ওইনবা মহাবিষ্ণুনা "কোটি অংশ কোটি শক্তি" অদ্বৈত ওইনা কোংদোকই—শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙো অসি জগৎকী মচাকী মমুং চনবা

মায়া যৈছে দুই অংশ নিমিত্ত উপাদান।
মায়া নিমিত্তহেতু, উপাদান প্রধান॥ ১১
পুরুষ ঈশ্বর ঐছে দ্বিমূর্ত্তি করিয়া।
বিশ্ব সৃষ্টি করে নিমিত্ত উপাদান লঞা॥ ১২

অর্থ :—

মায়া অংশ অনি তুই মপা অমসুং মচাক ;
মপাশাবা জীব মায়া, প্রধান কৌবা মচাক॥ ১১
নীপা অমসুং ঈশ্বর অন্থুয়া মূর্ত্তি অনিনা।
জগৎ শেম্নী মপা অমসুং মচাক লোঈননা॥ ১২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মহাবিষ্ণুগী "কোটি অংশ কোটি শক্তি" মকী মিংম উবা মূর্ত্তিসি (হকচাংবসি) হাঈবসি পয়ার অসিনা কোংদোকই।

১১—১২। মায়া হাঈবদি সিবা লাইবা প্রকৃতিনা জগৎকী (মপানগী, মরু ওইবা নত্তবা) মপাশাবা অমসুং, (মপানগী) মচাক ওইবা অংশ অনি খোক্না থারদোকই, কারণার্ণব পুরুষসু অতুঙ্মা জগৎকী (মরু ওইবা) মপা অমসুং (মরু ওইবা) মচাক হাঈহুনা অনিথোক্লগা, মপানগী মপা অমসুং মপানগী মচাক ওইবা প্রকৃতিগী শাখৈ লৌহুনা জগৎ শেম্মী। মায়াগী অংশ অনিগী মমিংদি—জীব মায়া অমসুং প্রধান অমদি গুণ মায়া (১।৫।৫০ পয়ারদা য়েংবিয়ু)। জীব মায়ানা জগৎকী মপানগী মপা ওই অমসুং প্রধান অমদি গুণ মায়ানা জগৎকী মপাঙোংগী মচাক্নি। পুরুষকী শক্তিনগী জীব মায়ানা মপাশাবা ওম্মী অমসুং গুণ মায়ানা মচাক ওইবা ওম্মী; মরম অদুনা পুরুষনা জগৎকী মরু ওইবা মপানি অমসুং মচাক্নি; পুরুষনা (নীপানা) মাগী শক্তিনগী মায়াবু সৃষ্টিগী (শেমগী) থবক তৌবদা মতিক চাহন্নী অদুগী মতুংদা মহাকী (মায়াগী) মথৈ লৌহুনা জগৎ শেমগী থবক পাঙথোকই। ১।৫।৫০—৫৬ পয়ারগী টীকা অমসুং সৃষ্টি তত্ত্ব য়েংবিয়ু)।

নীপা অমসুং ঈশ্বর—(কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা) নীপা অমসুং ঈশ্বর মীং অনি থোক্লগা মূর্ত্তি অনি ওইহুনা মথংশিংনা জগৎকী মপা অমসুং মচাক ওইহুনা কনবা অদুনা শেম্মে। কারণার্ণব নীপানা ফিবম কায়দগী প্রকৃতিনা য়েংবদা মহাকপু পুরিং মাংজগনী; মতৌ অসুম তৌহুনা কারণার্ণব নীপানা সৃষ্টিগী মপা ওই। অদুগা ঈশ্বর (শ্রীঅদ্বৈত)

আপনে পুরুষ বিশ্বের নিমিত্ত-কারণ।
অদ্বৈতরূপে উপাদান হয় নারায়ণ॥ ১৩
নিমিত্তাংশে করেন তেঁহো মায়াতে ঈক্ষণ।
উপাদান অদ্বৈত করেন ব্রহ্মাণ্ডের সৃজন॥ ১৪

অর্থ :—

নীপা মশামক্না জগৎকী মপা ওইবনি।
নারায়ণা অদ্বৈত ওইরগা মচাক ওইবনি॥ ১৩
মায়াদা মিয়েং ভাই মপা ওইবা মহাক্না।
ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী মচাক ওইবা অদ্বৈতনা॥ ১৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

গী মূর্তিনা পুক্লিং লাংতক্নবী প্রকৃতিদা মচাক দান্ তৌরুনা সৃষ্টিগী থবক তৌবদা মতিক চাহন্নী; মতৌ অপুন্না ঈশ্বর ( শ্রীঅদ্বৈত ) ন জগৎকী মক্ক ওইবা মচাক ওইরে। অমদি, নীপা ঈশ্বর—কারণার্ণবশায়ী নীপা অসি ঈশ্বরনি; 'ঈশ্বর' হায়বা অসিনা মহাকী তৌবগুম্বা শক্তিবু থগনৈ। মহাক্না মূর্তি অনি ওইরগা ( মক্ক ওইবা মপা অমসুং মক্ক ওইবা মচাক ওইরগা ) মপানগী মপা অমসুং মপানগী মচাক ওইবা প্রকৃতিগা লোয়নহুনা, হায়রবদি মশাগী শক্তিদগী প্রকৃতিনা মপাশাবা অমসুং মচাক ওইবগী থৌরম পাংথোক্নগা অদুগী মতুংদা মহাকী মতেং লৌহুনা জগৎ শেম্মী। নীপা অমসুং ঈশ্বর ( অদ্বৈত ) না মথংশিংনা শেম্বিবা মপা অমসুং মচাক ওইরগা ( অমাদি ঈশ্বর-কারণার্ণবশায়ী নীপানা ( পুরুষনা ) মশামক্না জগৎকী মপা অমসুং মচাক ওইরগা ) জগৎ অপুন্না শেম্মী : নীপা—পুরুষ; হায়রি অসিগী অর্থদি পয়ার ১।৫।৪৮-গী টীকাদা য়েংবিয়ু।

১৩। নীপা মশামক্না অসিনচিংবা—কারণার্ণবশায়ী পুরুষ ( নীপা ) মশামক্না জগৎকী ( বিশ্বগী ) মপা ওই, মিংনা য়েংবদা প্রকৃতিবু পুক্লিং লাংতক্নহনগা লৈশেম্বা-থবক্না অহোবা ওই হায়রুনা। অদ্বৈত ওইরগা নচিংবা—অদুগা শ্রীঅদ্বৈত ওইরগা মহাক্না জগৎকী মচাক পুথোকপা মপা ওই। মহাবিষ্ণুগী অংশনা সাইওন অমনা জগৎকী মক্ক ওইবা মচাক ওই, অদুম ওইবা সাইওন অদু ( অংশ অদু ) শ্রীঅদ্বৈতনি; মাসিনা শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বনি। অদ্বৈত ইবুংঙোনা গুণমায়াবু মপানথোংগী মচাক ওইবা ওম্বা শক্তি দান তৌই অমসুং মতৌ অদুম তৌরুনা মহাক্না সৃষ্টিগী ( লৈশেম্বগী ) থবক্তা কারণার্ণবশায়ীগী মতেং পাংঙী। নারায়ণ—কারণার্ণবশায়ী নারায়ণ।

১৪। মথক্কী পয়ার অনিগী অর্থ মচং অমুকন্থ ফোংদোকচরি। লৈশেম্বা মপা ওইবা মহাক্না ( কারণার্ণবশায়ীনা ) মায়াগী মক্কদা মিংথয়েং তাই; অমসুং মচাক ওইনা

(যদ্যপি সাংখ্য মানে—প্রধান কারণ।
জড় হৈতে কভু নহে জগত সৃজন॥ ১৫
নিজ সৃষ্টিশক্তি প্রভু সঞ্চারে প্রধানে।
ঈশ্বরের শক্ত্যে তবে হয়ত নির্মাণে॥ ১৬
অদ্বৈত রূপে করে শক্তি সঞ্চারণ।
অতএব অদ্বৈত হয়েন মুখ্য কারণ॥) ১৭
অদ্বৈত-আচার্য্য কোটি ব্রহ্মাণ্ডের কর্ত্তা।
আর এক এক মূর্ত্তি ব্রহ্মাণ্ডের ভর্ত্তা॥ ১৮

অর্থ :—

(অহুম ওইনমক সাংখ্যগী প্রকৃতিনি চাঈরি।
শিবা নাইবনা, কৈদৌমুক্তা জগৎ শেমজরি॥ ১৫
প্রভুনা প্রকৃতিদা সৃষ্টি-শক্তি পিনবী।
ঈশ্বরগী শক্তিনা জগৎ অপূর্বা শেমই॥ ১৬
অদ্বৈত ওইনা শক্তি অদু পিজিন্নরম্মী।
মরম অসিনা অদ্বৈতনা মরু ওইরকই॥) ১৭
অদ্বৈত আচার্য্যনা কোটি ব্রহ্মাণ্ডগী কর্ত্তানি।
মূর্ত্তি অমমম্না ব্রহ্মাণ্ড ভাকপিরিবনি॥ ১৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীঅদ্বৈতগী মশক ওইনা মহাক্না ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী। কারণার্ণবশায়ীমু মীতে ঐখোয়না অপোকপা কৌনরি (হাঙ্গনা নীংই)।

১৫ ১৭। পয়ার অহুম অসি লাইরিক অয়াবদা ইবা উদে; পয়ার অহুম অসিগী অর্থ মচংদি (সৃষ্টিগী মরমদা সাংখ্য বোং কক্থৎপনি) পয়ার ১।৫।৫০—৫৬ হায়রজরে, মাহুদা য়েংবিরগা পয়ার অহুম অসিগী অর্থ মচং খণ্ডবিগনি।

১৮। অদ্বৈত আচার্য্যনচিংবা -মহাবিষ্ণুগী সাইওনগী মশক ওইবা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা মচাক ওইহ্না মশিং নাইদবা ব্রহ্মাণ্ডগী কর্ত্তা (মপু) ওই। মূর্ত্তি অমমম্না নচিংবা—অমুক মহাবিষ্ণুনা গর্ভোদশায়িগী মশক লৌহ্না মূর্ত্তি অমমম্না ব্রহ্মাণ্ডমু ভাকপিরিবনি। পয়ার অসিদা মথক্কী পয়ার ১০ শুধগী অর্থ মচং কোংলোক্লি।

সেই নারায়ণের অঙ্গ মুখ্য অদ্বৈত।
'অঙ্গ'শব্দে 'অংশ' করি কহে ভাগবত॥ ১৯
ঈশ্বরের অঙ্গ অংশ চিদানন্দময়।
মায়ার সম্বন্ধ নাহি এই শ্লোকে কয়॥ ২০

অর্থ :—

নারায়ণগী মরুওইবা হকচাংদি অদ্বৈতনি।
ভাগবতা হায়রি 'হকচাং'গী অর্থ 'অংশ' নি॥ ১৯
ঈশ্বরগী হকচাং অংশ চিদানন্দ ওইবনি।
মায়াগা মরী লৈনদে শ্লোকসিদা হায়রিবনি॥ ২০

তথাহি (ভা, ১০। ৪। ১৪)—
নারায়ণস্ত্বং ন হি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিল লোকসাক্ষী।
নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়নাত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া॥ ৪॥

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৯। নারায়ণগী—জগৎশেম্বিরিবা মপা অমসুং মচাক্বী মশক ওইরুবা, অমসুং লৈরিবা অতুব ওইবা কারণার্ণবশায়ী নারায়ণ অদুগী। মরু ওইবা হকচাংদি—অমোইবা অংশদি শ্রীঅদ্বৈতনি।

প্রমাণগী মশক ওইনা মথাদা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অমা উজরি।

শ্লো। ৪। অন্বয়নচিংবদি মথক্কী অনিশুবা মতাংগী ৯ শুবা শ্লোকতা য়েংবিয়ু।

২০। হকচাং—মসুং ওইবা শরুক। অংশ—অতোপ্পা শরুক। ঈশ্বরগী অংশ হায়বা অসিমতম্ভু মসুং-মশান অনিমক চিন্ময় অমসুং আনন্দময়নি (সুংলাইবগী মশাক্তি), অপ্রাকৃতনি, মায়াগী মারেপ লৈতবনি; মায়াগা মহাক্কা করিগুম্বা মরী লৈনদে; মাসি মথক্কী শ্লোকদা অরোইবগী অর্থ মচংনি। পয়ার অসিদা হায়রিবগী অর্থদি অসিনি, শ্রীঅদ্বৈত ঈশ্বরত্তো অসি কারণার্ণবশায়ীগী মরু ওইবা হকচাংনি অমসুং মায়াগী মারেপ লৈতবনি; অদু ওইরবদু মহাক্কা মায়াগা লোইনদুনা সৃষ্টিগী (শেম-শাবগী) থবক পাংথোকই; অদুম ওইনমক মায়াগা মহাক্কা করিগুম্বদা লোয়নবদি লৈতে।

অংশ না কহিয়া কেনে কহ তারে অঙ্গ ?
অংশ হৈতে অঙ্গ যাতে হয় অন্তরঙ্গ ॥ ২১
মহাবিষ্ণুর অংশ—অদ্বৈত গুণধাম।
ঈশ্বরের অভেদ হৈতে 'অদ্বৈত' পূর্ণনাম ॥ ২২
পূর্ব্বে যৈছে কৈল সর্ববিশ্বের সৃজন।
অবতরি কৈল এবে ভক্তি-প্রবর্ত্তন ॥ ২৩
জীব নিস্তারিল কৃষ্ণভক্তি করি দান।
গীতা-ভাগবতে কৈল ভক্তির ব্যাখ্যান ॥ ২৪
ভক্তি উপদেশ বিনু তাঁর নাহি কার্য্য।
অতএব নাম তাঁর হইল আচার্য্য ॥ ২৫

অর্থ :—

করিগী 'হকচাং' হাঙ্গনিবনো অংশ হায়দত্রনা।
অংশদগী যদ্দুং ওইবা হেন্না হকচাংনা ॥ ২১
মহাবিষ্ণুগী অংশনি অদ্বৈত গুণধাম।
ঈশ্বরগা খেন্নদবনি অদ্বৈত' কৌবা নাম ॥ ২২
ময়াংদৈদা জগৎ অপুন্না শেম্বিরম্না।
ভক্তি হৌদোকপা ওইনবা পোক্লরে হৌজিক্কা ২৩
জীববু লানথিরে কৃষ্ণ ভক্তি তাকপিদুনা।
গীতা-ভাগবতকী ভক্তি ব্যাখ্যা অদুগুম্না ॥ ২৪
মহাকা থবক লৈতে ভক্তি পাওতাক নত্তনা।
মাগী মমিং আচার্য্য থোক্লে মরম অদুনা ॥ ২৫

গৌর-কৃপা টীকা

২১। "নারায়ণস্তমি"নচিংবা শ্লোকা নারায়ণবু শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং হাঙ্গবা অদুনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী মদ্দুং ওইবা অংশনি হাঙ্গনা থড়নৈ অমদুং পয়ার ১৯ দা শ্রীঅদ্বৈতবু কারনার্ণবশায়ীগী, 'হকচাং' হাঙ্গবা অদুনা মহাকপুসু কারনার্ণবশায়ীগী মদ্দুং ওইরা অংশনি হাঙ্গবা কোংদোকই। মদ্দুং ওইবা-নক্কবা।

২২। হৌজিক অহানবা মতাংগী শ্লোক ১৩ শুবগী "অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাৎ"নচিংবা শ্লোকী অর্থ তৌজরি। অদ্বৈত—দ্বৈত অমদি খেন্নবা লৈতবা মাগ। ঈশ্বর-মহাবিষ্ণুগী অংশনি শ্রীঅদ্বৈতনি, অদুগা মহাবিষ্ণুনা মহাকী অংশীনি; অংশ অমসুং অংশী অনি অসি খেন্নবা লৈতবা মরম্না ঈশ্বর—মহাবিষ্ণুগা শ্রীঅদ্বৈতগা কনিসু খেন্নবা লৈতে, দ্বৈত লৈতে হাঙ্গিদুনা ইবুংঙো মহাকী মমিং অদ্বৈত থোক্লিবনি। পয়ার অসিদা শ্লোকা হাওরিবা "অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাৎ" বাক্য অসিগী অর্থ তৌজরে। 'হরি'—হাইদোকপা মরম অসিদা মহাবিষ্ণুবু হাঙ্গেঁ।

২৩—২৫। ময়াংদৈদা—মহাপ্রলয়গী মতুংদা সৃষ্টি ( লৈশেম্বা ) হৌরকপদা। হৌজিক্কা— বর্তমান কলিযুগতা। সৃষ্টি হৌরকপদা শ্রীঅদ্বৈতনা জগৎ অপুন্না শেম্বী অমসুং হৌজিকী

আচার্যগোসাঞি— চৈতন্যের মুখ্য অঙ্গ।
আর এক অঙ্গ তাঁর প্রভু নিত্যানন্দ॥ ৩৩

অর্থ :—

আচার্য্য গোসাঞি—চৈতন্যগী হকচাং মরুনি।
মাগী হকচাং অমনা নিত্যানন্দ প্রভুনি॥ ৩৩

---

## গৌর-কৃপা টীকা

মখক (অবতার তৌরগনবীমখক) প্রেমগা লোইননা লাকপা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরগী; কৌবা অহুমবুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইদুনা লাইওরে। প্রেমগা লোইননা পুক্কিং অমতা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা ওবা অসি শ্রীঅদ্বৈতগী অতকপা মগুণ অমনি। মাগী মীগা লোইননা—মরূপ-মপাংশিংগা তিন্নদুনা। মহাপ্রভুগী ইচ্ছাগী নাম-সঙ্কীর্তন শন্দোকপা অমসুং জীববু লানবিবা অসি শ্রীঅদ্বৈতগী অতকপা মগুণ অমনি। জীনতবা জীব-মা— অপিকপা জীনগুবা জীব-না। শ্রীঅদ্বৈতগী মগুণ্তি সমুদ্রগী মতোংগুম্বা মপান নাইরে। অপিকপা জীগা সমুদ্র হাংগা লাহোকপা উমদবা গুম্বা অপিকপা শক্তি ওইবা জীবনু শ্রীঅদ্বৈতগী মগুণ শিংথাবদা লোইবা ওমদে।

৩৩। ভক্তগী অথোইবা খুদমদি সেবানি। পুম্নমক্তা উব ফংজী হকচাংগী কায়াং খোঙ্, খুৎনচিংবনা হকচাং-মশাগী সেবা তৌই, অংশনা অংশীগী সেবা তৌই; উ-গী মশাগী অংশ ওইবা মরানা লৈপাক্কী রস চিংথংলী অমসুং মসা-মরেং মনানা খুৎসিং-খুৎশাকপী মতাক চিংসিন্নুনা উ-মশা অহুগী (অংশী অহুগী) লোইননবা সেবা তৌই। মতৌ অসুম্বা সেবাগী থবক তৌরিবা হকচাংগী শরুক (অংশ) অহুবু অংশীগী (মশা-অহুগী) সেবক মরুগা ভক্ত হায়বা য়াই। মথক্তা হায়জখরে, শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যদি মহা-বিষ্ণুগী (শ্রীকৃষ্ণগীসু) হকচাংগী শরুক অংশ অমনি; মরম অদুনা শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙো অসি হৌকম থিন্নমবদি ভক্ত-অমনি; খোইদোকপদি মরু ওইবা-ভক্ত-অদু শ্রীবলরামগী অংশ-কলা ওই হায়জনবা অদুনসু শ্রীঅদ্বৈত অসি মরুদদি (হৌকমবদি)—ভক্ত অমনি। শ্রীচৈতন্যদেব ইবুংঙোগী মরু ওইবা হকচাং অমদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনি অদুগা অতোপ্পা মরু ওইবা হকচাং অমনা শ্রীনিত্যানন্দনি। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীমন মহাপ্রভু ইবুংঙোগী লীলাগী মরু ওইবা লোইনবা ওইনা লেংবাংঙী; মরম অসিনা ইবুংঙো অনি অসিবু শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোগী হকচাংনি হায়খিনি।

প্রভুর উপাঙ্গ—শ্রীবাসাদি ভক্তগণ।
হস্ত-মুখ-নেত্র অঙ্গ চক্রাদ্যস্ত্র সম॥ ৩৪
এই সব লইয়া চৈতন্য প্রভুর বিহার।
এই সব লইয়া করেন বাঞ্ছিত প্রচার॥ ৩৫

অর্থ :—

প্রভুগী হকচাং অতৈনা শ্রীবাসনচিংবনি।
খোঙ খুৎ-মাঈ-সিংনা চক্রগা মান্নবা খুৎলাইনি॥ ৩৪
পুম্নমক অসিনা লীলা শান্নে চৈতন্যনা।
পুম্নমক অসিনা নামপ্রেম শন্দোকই প্রভুনা॥ ৩৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৪। হকচাং অতৈনা—হকচাংগী হকচাংনা। খুৎকী খুবী, খুদোনবীনচিংববু হকচাংগী হকচাং কৌই। শ্রীবাসনচিংবা ভক্ত পুম্নমক অসি প্রভুগী হকচাংগী হকচাংনি (হকচাং অতৈনি); শ্রীনিত্যানন্দনচিংবগী তুংইনবা ভক্ত ওইনা মখোঈস্থ শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলাগী তেংবাংবা ওই; মরম অদুনা মখোঈবু হকচাং অতৈ (হকচাংগী হকচাং) হাঈরিবনি।

খুৎ-মাঈ-মিৎনচিংবা—শ্রীঅদ্বৈত অমসুং নিত্যানন্দনচিংবনা প্রভুগী খুৎ-মাঈ-মিৎ কুপ্পনি; অদুগা শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংনা ইবুংঙোগী খুৎলাই চক্রগুম্বনি; অমদি শ্রীমনমহাপ্রভুগী খুৎ-মাঈ-মিৎনচিংবা হকচাং অসিনা মাগী চক্রগা মান্ননা থবক তৌই। মাঙলমচংকী অবতারদা চক্রনচিংবা খুৎলাইনা হিংচাবনচিংববু মাঙহল্লী; তৌইগুম্বসুং গৌর-অবতারগী মতমদদি ইবুংঙো মহাক্না করিগুম্বা খুৎলাই অমতা পাযখিদরে; মহাক্কী লোঈনবা ভক্ত খিবিক্না নাম-প্রেম শন্দোকহন্দুনা হিংচাবগী পুকচেন চেল্লম্বা মীশিং অদুগী পুকচেন অদু শেংহনখরে অমসুং মাহুমক্না হিংচাবগী-ভাব ফত্তবা-পুকচেন নথে মক্ন ফংনা মাঙখরে। হাঈবদি, প্রভুগী শ্রীঅঙ্গ (খুৎ-খোঙ-মাঈ-মিৎনচিংবা হকচাং) উজবদা অয়াম্বা মীনা হিংচাবগী পুকচেন চেল্লম্বা অদু কোকখি (২।৯।৮-৯); মতৌ অসুম তৌদুনা, প্রভুগী ভক্তশিংনা (হাঈবদি প্রভুগী হকচাংশিংনা) গৌর-লীলাদা প্রভুগী চক্রনচিংবগী থবক পাঙথোকই।

৩৫। পুম্নমক অসিমা—শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা।

'মাধবেন্দ্র পুরীর ইহোঁ শিষ্য' এই জ্ঞানে।
আচার্য্য গোসাঞিরে প্রভু 'গুরু' করি মানে॥ ৩৬
লৌকিক লীলাতে ধর্ম্ম-মর্য্যাদা রক্ষণ।
স্তুতি-ভক্ত্যে করেন তাঁর চরণবন্দন। ৩৭
চৈতন্যগোসাঞিকে আচার্য্য করে প্রভু-জ্ঞান।
আপনাকে করেন তাঁর দাস অভিমান॥ ৩৮
সেই অভিমান সুখে আপনা পাসরে॥
'কৃষ্ণদাস হও' জীবে উপদেশ করে॥ ৩৯

মথ' : -

"মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্যনি" খল্লবদা।
অদ্বৈতব গুরুনি খল্লী প্রভুগী পুক্লিংদা॥ ৩৬
মীগী মমাংদা ধর্ম্মগী চংনবী ঙাক্লুনা।
শ্রীঅদ্বৈতগী চরন্দা খুরুম্মী প্রভুনা॥ ৩৭
শ্রী চৈতন্যবু অদ্বৈতনা প্রভুনি নীংজৈ।
মশামক্না ইবুংঙোগী মদাইনি নীংজৈ॥ ৩৮
নীংজবদুনা নুংঙাইদুনা মশাবু পাউরে।
জীবদা 'কৃষ্ণগী মনাই ওইয়ু' পাওতাক পীরে॥ ৩৯

---

গৌর-কৃপা টীকা

৩৬-৩৭। অদ্বৈত-আচার্য্য ইবুংঙো অসি মরূদা শ্রীমন মহাপ্রভুগী ভক্ত ওইরবসু মীরমলেনগী লীলাদা প্রভুনা মাংঙোদা গুরুগী ভাবতা ইকাই-খুম্নে; মরমদি, মীওইবগী লীলাদা মহাপ্রভুগী পরম গুরু (খোইবা গুরু) শ্রীপাদ-মাধবেন্দ্র পুরী-গোস্বামীগী মফমদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগীসু গুরু ওইবম্মী হাঙদুনা মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতবু গুরুগুম্না ইকাই-খুম্নে। জগৎ অসিদা শিষ্যনা গুরুগী মফমদা চংকদবা লমচং অদু তম্বিগে হায়বগীদমক মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈত চরন্দা খুরুম্মী।

মীগী মমাংদা- মীওইবগী লীলাদা। ধর্ম্মগী চংনবী ঙাক্লুনা—গুরুগী মমাংদা করম্বা লমচং চংলগা ধর্ম্মগী চংনবী ঙাকপা কৌবগে হায়বদু তম্বিগে হায়বগীদমক।

৩৮-৩৯। মীরমলেনগী লীলাদা শ্রীমনমহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু গুরুনি হায়না ইকাইখুম্নরবসু অদ্বৈতাচার্য্যনা শ্রীমন মহাপ্রভুবু মহাক্কী মবুংঙোনি (প্রভুনি) হায়দুনা অমসুং

কৃষ্ণদাস অভিমানে যে আনন্দ সিন্ধু ।
কোটি ব্রহ্মসুখ নহে তার এক বিন্দু ।। ৪০

অর্থ :—

কৃষ্ণগী মনাইনা নুংঙাইবদি সমুদ্রনি ।
কোটি ব্রহ্মসুখনা মরিক অমা ফংদবনি ।। ৪০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মহাক মশাবুনা শ্রীগোরাঙ্গ ইবুংঙোগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজৈ; অসুম হাঙ্গনা মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবা অসিনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা অসুকী মত্তিক নুংঙাইজখরে, মাহুনা মশানা মশাবু কাউখরে অমসুং অহুম ওইবা শিংথাবা শুমদনা নুংঙাইবা অহুগী মহাও ফংবা য়াননবগীদমক পার্ষদগী মীচম কাওবদা মহাক্না কৃষ্ণগী মনাই ওইননবগীদমক ( শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইননবগীদমক ) পাওতাক পীরি; মরমদি, কৃষ্ণগী মনাই ওইবা ভাবদি হাঙ্গীরিবা নুংঙাইবা অহু ইলাই—লাঙ্গনা ফংবা ভন্মী ( মতৌ অসিদা শ্রীঅদ্বৈতবু য়ান্না থৌজাল হৈ হাঙ্গবা খঙনৈ ) ।

৪০ । পয়ার অসি শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গবনি । নুংঙাইবদি সমুদ্রনি—সমুদ্রগী মপানরাংবা উবা ফংদবগুম্না নুংঙাইবগী মপান নাইখিদরে, শিংথানীংঙাই খঙদনা নুংঙাইখরে । কোটিব্রহ্মসুখ—ব্রহ্মগী নুংঙাইবদা লুপ্পুনা লৈবা মীনা নুংঙাইবা ফংবা অহু, মাহুগী শরুক কোটি । কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবদা নুংঙাইবা পোকপা অহু; সমুদ্রগী ঈশিংগা চাংনমহনা শ্রীঅদ্বৈতনা তাকপিরি—ব্রহ্মগী নুংঙাইবদা লুপ্পুনা লৈরিবা মী অহুনা ফংবা নুংঙাইবা অহু, অহুগুম্বা শরুক কোটি নুংঙাইবা অহু অমতা ওইনা পুনশিন্নগনু কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবদা ফংবা নুংঙাইবা সমুদ্র অহুগী মরিক অমা কাওবা ফংবা ভমদে । য়া মচংদি, কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবদা নুংঙাইবা ফংবা অহুগা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা ( ব্রহ্মানন্দ ) অহুগা চংদমনরবদি ব্রহ্মানন্দদি করিস্সু লৈখিদরে ।

জীব অসিগী হৌরকফম থিরুরবদি শ্রীকৃষ্ণগী কুপখ্রবা অংশ অমনি ( মৈরিক্ষুনি ) অমসুং কৃষ্ণগী মনাইনি । মরম অসিনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবা নাপন তৌরবা অসি মহৌশাগী অচুম্বনি; মহৌশানি হাঙ্গনা—চাকপণ্ডগী শক্তিনা মৈদগী তোঙান্না লৈত্তে, অহুগুমহনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থনজবা, নীংজবা অসিসু জীবদগী তোঙান্না থাই-মোকপা য়াবে । মৈ মরুংবা চন্দ্রকান্তমণি ( হিদাক মখল অমা ) হুজিনবদা মৈগী চাক-পণ্ডগী শক্তি অদুনা চাকপা ঙমদে, অদুগুমহনা জীবনা হকচাং ফংলগা ওন্না-তৈননা

## গৌর-কৃপা-টীকা

পাম্ন্বদগী ( নীংলুবদগী ) মায়ানা পুনখিত্তুনা জীব-না কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংক্কম থোকপা অত্থু কাউখিবনি ( মায়ানা কুপখিবনি )। ওম্না-তৈননবা নীংলুবা অত্থু থাদোক্লবদি কৃষ্ণগী মনাইনি খনজবা অত্থু মতোমতা খনজরকই, রাখন অত্থু লংত্রিক লংঙকই; লৈচিন-নোংনা কুপ'সল্লম্বা থা অত্থু নোং অত্থুনা পাইথোকখ্রগা ইলং-লংবগুম্বনি অমস্নং মতম অত্থুদদি কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংজবা, নাপন তৌজবা অত্থুমক্তুনা বিভু ( লাই ) কৃষ্ণগা অকুপ্পা অশিকপা জীবগা অনি তিল্লবদা মরক্তা অপনবা লৈত্রে, জীবগী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণ-সেবা তৌজনীংবগী রাখন লাক্লগনি, নুংঙাইবগী-মপাং ওইবা রস পূম্নমক্না তিনবা অমৃতগী খুত্তি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমসেবামৃতসমুদ্রদা লুপচত্তুনা ভমগৈ লৈতনা হাউখ্রবা অঙকপা রস অত্থু নীংবা-থুংনা চাজবা অত্থুগী কোলনি ( ৎহযনি )। ব্রহ্ম নীংবনা অচুম্বনি হাঙ্গনা খন্দুনা নীংলিবা মখোয় অত্থুনা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা ( ব্রহ্মানন্দ ) ফংবা ঙম্মী, মখোঙ্গী অত্থুস্থ চিদানন্দ সমুদ্র অমদা ( নুংঙাইবা-মখল অমদা ) লুপ্পুনা লৈবনি অচুম্বনি, তৌই-গুম্বস্নং অত্থুন ওইনা চিদানন্দ-সমুদ্র স্বরূপ-শক্তিগী মাল্লবা লৈতবা মবম্না মাত্থুদা নুংঙাইবগী অমাদি বসকী ঈথক্কাবা লৈতে, অঙকপা লৈতে, চাবদা অঙকপা ফংনা হাউবস্থু লৈতে; সত্থুগী নুংঙাইবা মখল অমা চাবা ফংত্রী হাঙ্গবতনি। মখোঙ্গনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংলবা মতম অত্থুদদু জীবগী হৌবকফম অত্থুদি থাজদবনিনা শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌনীংবগী অপাম্বা অত্থু মখোঙ্গী থমোইদা পোক্লক্তে, থাজদনা। অত্থুদা নুংঙাইবা রসকী ইথক্ হৌবা অত্থুনা মখোঙ্গী থমোইবু চসিনবা ঙমদে শ্রীবিল্বমঙ্গলঠাকুরনা ব্রহ্মানন্দদা পেনখি। প্রেমানন্দ মশক খঙখিদে। অঙকপা বসকী ঈথক অত্থু চাবদা অঙকপা ফংবা অমস্নং মহাও অত্থুনা কয়া য়াম্না হাউখ্রবগে হাঙ্গবদ হাঙ্গফম খঙদনা অঙকপা পোকপা, মাত্থুগা ব্রহ্মানন্দগা ( সত্থুগী নুংঙাইবা অত্থুগা ) চাং তম্নরুববদি ব্রহ্মানন্দদি ( ব্রহ্ম নীংবদগী ফংলক্পা নুংঙাইবদি ) শুকযাও-য়াওখিদরে হাঙ্গনা য়াবে মমিংতমক মঙাইরে; শ্রীধ্রুবনা শ্রীভগবানগী মফমদা হঙ্গচখি "ত্বংসাক্ষাৎকরণাহ্লাদ—বিশুদ্ধাব্ধি-স্থিতস্যমে। সুখানি গোষ্পদায়ন্তে ব্রাহ্মাণ্যপি জগদ্গুরো। হে জগদ্গুরু! ইবুংঙো নহাকপু উজবা ফ জবদা অপ্রাকৃত বিশুদ্ধ আনন্দ-সমুদ্রদা ( চমত্রবা অশেংবা নুংঙাইবগী সমুদ্রদা ) ননাই ঐহাক লুপচবে, নুংঙাইবা মনুংঙাই অসিগা ব্রহ্ম নীংবদগী ফংলক্পা নুংঙাইবগ চাং তম্নক্নবদি ব্রহ্মগী নুংঙাবদি ননাই ঐনা খনজবদা যণ থোঙ্গুলগুম্না পিক্খবে হাঙ্গনা নীংজে। হরিভক্তি সুধোদয়॥ ১৪। ৩৬॥"

মায়ানা ফাত্তুনা লৈরবা জীবগী থমোই হকচাংনচিংবা অসি—শাগৈ, মহৈ, শল্লচিংবগা মরী লৈনকবনা শাগৈ চাওখৎনবা নীংবা, মহৈ হৈননবা নীংবা শেন-থুম লনগী চাওখৎনবা

মুঞি যে চৈতন্যদাস আর নিত্যানন্দ।
দাসভাব সম নহে অন্যত্র আনন্দ ॥ ৪১

অর্থ :—

ঐগা নিত্যানন্দগা, চৈতন্যমনাই ওইজরে।
মনাই ভাবকা মান্নবা, নুংঙাইবা অতৈ লৈতল্লে ॥ ৪১

## গৌর-কৃপা-টীকা

নীংবা অসিনচিংবা নীংবা কয়ামুক অসিনা থল্লী। জীবগী হৌরকৃষ্ণমদি চিদবস্তু ওইবনা, ঈশ্বরগী মফমদগী হৌরকপা ওইবনা অমস্তুং হকচাং-জাতি-শাগৈ-মহৈ-শেনথম্নচিংবা অসিদি চিংকা য়েন্নবা অবেম্না পলতবা-পোং ওইবনা জীবগী হৌরকফম মশক অতুগা, শাগৈনচিংবা চাওথংনবা নীংবা অতুগা, মরা থোক্লদে, মরী লৈনবস্তু য়ারোই ; শাগৈ-নাতে চাওথংনবা নীংবা পুন্নমক অসি জীবনা মহোৎশা লোঙ্গিনরকপা নত্তে, অতোবা কি অমদা লৈথোম অমোংপা পকৃপাগুম্না কোন্না মমৈথংদা চংলকুনা নম্মনি। কৃষ্ণনা মনাইনি হাঙ্গিনা নীংজবা অসিনা থমোই অসি কৃষ্ণগী মাইকৈয়োমদা চিংসিনখি ; শাগৈ-মহৈনচিংবা চাওথংনবা নীংবা অসিনা থমোই অসিবু হকচাংগা মরী লৈনবা পোং মাযাগী ওইব থৌরমদা চিংসিনখিহুনা কৃষ্ণবু নাউত্তন্নী, ভক্তিরাণীগী কৃপাগী লম্বেন্দ অপনব পীরে। মরম অদুনা নরলনরোত্তম দাসনা হাঙ্গিরম্মী—“মপানগী পোংতা নীংলূরবদি ভক্তি রাংলী, জগত্তা মহাক অদু নচেপ্লেনবনি ” ব্রহ্ম নীংবশিংনা “ঐ ব্রহ্মনি” অসুম হাঙ্গিনা নীংবম্ন জীবনা হৌরকফম খণ্ডজগদবা লম্বেল অদু থুমজিন্নী, অদুনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গিনা নীঙ্গদবা অদুগী য়েন্নবা ওই। মরম অদুনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গিনা নীংজবা নত্তনা, অতৈ অতোম্বদা নাংবা পুন্নমদি রসকী মশক ওইবা পব্যত্ববস্তুগী ভমথৈ লৈতবা রসকী অওকপা অদু, মরাংকাইন অওকপা ফংনা চাজবা ফংনবগী য়েন্নবা নই। ১। ৭। ১৩৬ পয়ারগা টীকাদা যেংলিগু।

৪১। পয়ার ৪১ ৪৬ সু শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গিবনি। শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গিরি, “নুংঙাইবা পুন্নমক্তগী কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গিনা নীংজবা অসিনা পুমহেন হেনগ্রে হাঙ্গিহুনা শ্রীনিত্যানন্দগা ঐগা এখোয় অনি শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইজরে ” । াসি শ্রীঅদ্বৈত মশানা খণ্ডজন্নহনা হাঙ্গিম্নবা য়ানি। ইবুংঙো মহাক্না খণ্ডলবা অংদা থ্নাই পুন্নমক্তস্তু কৃষ্ণগী মনাই ওইনবা পাওতাক পীরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীচৈতন্যগা অমতনি খেন্নদবা ওম্বনি হাঙ্গিদুনা শ্রীঅদ্বৈত মশামক্ত শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইজরবস্তু মী পুন্নমক্তদি কৃষ্ণগী মনাই ওইনবগীদমক পাওতাক পীবি, কৃষ্ণগী মনাই ওইববা মী অদু শ্রীচৈতন্যগীস্তু মনাইনি ; অদুগুম্না শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইববা মী অদু শ্রীকৃষ্ণগীস্তু মনাইনি।

পরম প্রেয়সী লক্ষ্মী হৃদয়ে বসতি।
তেঁহো দাস্যসুখ মাগে করিয়া মিনতি ॥ ৪২
দাস্যভাবে আনন্দিত পারিষদগণ
বিধি ভব নারদ আর শুক সনাতন॥ ৪৩

অর্থ :—

য়াম্না চাম্নবী লক্ষ্মী থমোইদা লৈরিবীনি।
মহাকস্যু মনাই ভাবকী মুংঙাইবা নিজবীনি ॥ ৪২

লোইনবশিংনা মনাইগী ভাবতা মুংঙাইজৈ।
ব্রহ্মা শিব। নারদ শুক সনাতন্না পামজৈ॥ ৪৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪২ মনাইনি হাঙৈনা নীংজবনা (দাস্যভাব-না) মুংঙাইবা পূম্নমক্কী ইহেল-হেন্নী হাঙবত্থ প্রমাণ পয়ার মওাদা পীজরি। য়াম্না চাম্নবা—শ্রীনারায়ণগী চাম্নবী। লক্ষ্মী—নারায়ণগী চাম্নবী; ইবেম্মা অসি স্বরূপ-শক্তিগী মওংনি। লক্ষ্মী দেবী শ্রীনারায়ণগী চাম্নথোইবী ইবেম্মনি. মুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীনারায়ণগী থমোইদা তুংহুনা লৈরিবনি, অহুনা ইবেম্মনা মুংঙাইজবিবা অসি হাঙৈনীংঙাই লৈতননি; তৌইশুম্মসুং মহাকস্যু য়াম্না রানা কৃষ্ণগী মনাই ওইজনীংহুনা প্রার্থনা তৌরৈ (খুরুমজৈ)। অমরোমদা হাঙৈরগা পয়ার অসিদা য়াওরিবা 'লক্ষ্মী' রাহৈ অসিনা লক্ষ্মী পূম্নমক্কা মকোক ওইরিবী শ্রীরাধাবু খঙনৈ; ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নথোইবীনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী থমোইদা তুংহুনা লৈরিবী ওইরবস্যু শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইজগে হাঙৈনা যাম্না রানা প্রার্থনা তৌজৈ (খুরুমজৈ) চাম্নবাগী ভাবতা মুংঙাইবা অহুদগী মনাইগী ভাবত মুংঙাইজবা অহুনা হেন্নী হাঙৈবসি. শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী অমসুং শ্রীরাধা রাণীগী মফমদস্যু হেন্না পামজৈ হাঙৈবা খঙবা ওন্নী মধুর-ভাব যৌনা রাংত্রিবা দাস্য ভাবপুদি নত্তে।

৪৩। লোইনবশিংনা—শ্রীভগবানগী লোইনবা ভক্তশিংনা। ব্রহ্মা—বিধি শিব মহাদেব। শুক শ্রীশুকদেব গোস্বামী। সনাতন—চতুঃসনগী মধুংদগী অমা; খুদম ওইনা সনাতন, সনক. সনন্দন অমসুং সনৎকুমার মী মরি অসিবু চতুঃসন হাঙৈরগা খঙনৈ।

ব্রহ্মানা কৃষ্ণগী মনাই ওইবা পামজবগী প্রমাণ য়াম্না লৈথরে, মফম অসিদা শ্লোক অমতং উচ্চরি। "তদস্তু মে নাথ স ভূরিভাগো ভবেত্র বাহন্যত্র তু বা তিরশ্চাম। যেনাহমেকোঽপি ভবজ্জনানা ভূত্বা নিষেবে তব পাদপল্লবম শ্রীভা ১০ ।১৪। ৩০ ॥

নিত্যানন্দ অবধূত সভাতে আগল।
চৈতন্যের দাস্যপ্রেমে হইলা পাগল॥ ৪৪

অর্থ :—

নিত্যানন্দ অবধূতনি মযামগী মকোক্নি।
চৈতন্যগী দাস্য প্রেমদা অঙাংবা ওইবনি। ৪৪

## গৌর-কৃপা টীকা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গিজখি, "হে নাথ! মপোক অসিদা ব্রহ্মাগী মপোক অসিদা! নত্রগা অতৈ করিগুম্বা মপোক শ-উচেক্লচিংবা মপোক্তা পোক্লক্রবস্থ ঐনা ঙবুংঙো নংগী ভক্তশিংগী মন্নুংদা ভক্ত অমা ওইজবগা নখোঙ থঙ্মান অতৃগী সেবা তৌজবা ফংজনবগী লাইবক ফবা অতু পানবিয়ু।" শ্রীশিব-না মবমদা ব্রহ্মানা নারদগী মফমদা হাঙ্গিখি "যশ্চ শ্রীকৃষ্ণ-পাদাব্জরসেনোন্মাদিতঃ সদা অবধীরিতসর্ব্বার্থপারমৈশ্বর্য্যভোগকঃ অস্মদংশো নিরযিনো ভোগসক্তান হসন্নিব বস্ত্রবার্কাস্থিম লাম্বগ্রনগ্নো ভস্মানুলেপনঃ॥ বিপ্রকীর্ণজটাভার উন্মত্ত ইব ঘূর্ণতে। তথা স গোপনাসক্ত কৃষ্ণ পাদাব্জ শৌচজাম গঙ্গাং মূর্দ্ধ্নি বহন হর্ষাৎ তান চালাযতে জগৎ। মহাদেবনা মতম লৈবা শিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মখোঙ থঙ্মাল (অমৃত) থকপদা মযাহ কাবতুন, ধর্মনচিংব শল-থুম পুন্নমকপু অমস্ত খোইদাং-হেন্দোকপ ঐশ্বর্য পামগদর (চাংদবা) অতু লৌওইদতুনা করি লমংদা হাঙ্গিনা থল্লী, ঐখোইগুম্বা যাম্বা চানীঙনবা বিষযীশিংবু শ্বয্য পাম্বশিংব মহাক্না নোকুগে হাঙ্গিবগী দমক মশামক্তা শগোনহিদাক-সপান, অক অমস্তং শকগী লিক পরেং শিবি (খোল্ল), মহাক্না কি যাওদনা লৈবা, মথাদা উং তেবা অমসুং জটা অশাংবা পুতুনা অঙাংবগী তৌগুম্বা কোঙ্গিবি, মহাক্ন তুমিন্না লৈবা মেদতুনা কৃষ্ণগী মখোঙ শেংদোকপদগী চেন্থ-বকপা গঙ্গাজলবু (গঙ্গাবু) মকোক্তা হাপ্তুনা হরাওন জগোই শাব-শাবদুনা জগং অসিবু নিকহল্লি, অসিনচিংব পু. ভা, ।৮।৮-৩॥ মতুংগী পযার ১।৮ ৬ন কী টীকাদস্ত য়েংবিয়ু) শ্রীনারদনা মতম লৈবগিদিক্তা বীণাযন্ত্রদা হারগুণ কীর্ত্তন তৌতুনা কাঙ্গি। শ্রীশুকদেবস্ত হরিগুণকীর্ত্তন তৌবা (শকপদা) থরাই যাওই, শ্রীমদ ভাগবতনা মাতুগী প্রমাণনি। সনকচিংবনা হরিগুণ শকপগী বাস্ত শাস্ত্র পুন্নমক্ত থওড়ী

শ্রীভগবানগী লোঙ্গিননা ভক্ত পুন্নমব অমসুং ব্রহ্মা, শিবা, নারদ, শুকদেব অমসুং চতুঃসন্নচিংবস্ত মনাংগী ভাব-না হেন্না মু ঙাই হাঙ্গিনা থওড়ী, মবম অতুনা মাখাই পুন্নমক্তা মনাই ওইজগে হাঙ্গিনা প্রার্থনা তৌজে।

৪৪। অবধূত—লম্বোইব মথল অমনি, সন্ন্যাসি। মকোক্নি পুন্নমক্তগী অথোইবনি। অবধূত শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্যগী লোঙ্গিনবশিংগী মনুংদা মকোক্নি। মহাকস্ত চৈতন্যগী দাস্য-প্রেমদা অঙাংবা অমা ওই

শ্রীবাস হরিদাস রামদাস গদাধর।
মুরারি মুকুন্দ চন্দ্রশেখর বক্রেশ্বর॥ ৪৫
এ সব পণ্ডিত লোক পরম মহত্ত্ব।
চৈতন্যের দাস্যে সভায় করয়ে উন্মত্ত॥ ৪৬
এই মত গায় নাচে করে অট্টহাস।
লোকে উপদেশে হও চৈতন্যের দাস॥ ৪৭
চৈতন্যগোসাঞি মোরে করে গুরুজ্ঞান।
তথাপিহ মোর হয় দাস অভিমান॥ ৪৮

অথ .—

শ্রীবাস হরিদাস রামদাস গদাধর।
মুরারি মকুন্দ চন্দ্রশেখর বক্রেশ্বর॥ ৪৫
পণ্ডিত পুংমক অসি অথাংবা ওাকুনি
চৈতন্যগী মনাই ওইবদা সভাদা ওাওর্বানি॥ ৪৬
মতৌ অসুম্না ঈশৈ-জগোই শাই লাউনা নোকই।
চৈতন্য মনাই ওইযু হাঙ্গনা নীদা পাওতাকহ॥ ৪৭
চৈতন্যগোসাঞিন ঐহ্র গুরুনি নীওঙ্গী
অদুম ওইনমক ঐদি মনাইনি হাঙ্গনা নীওঙ্গী। ৪৮

গৌর-কৃপা-টিকা

৪৫-৪৬। শ্রীবাস হরিদাস রামদাস, গদাধর, মুরারিগুপ্ত, মুকুন্দ, চন্দ্রশেখর, বক্রেশ্বর অসিনচিংবা শ্রীচৈতন্যগী লোঙ্গনবা পন্নমক অড্ডাওব ওাকনি। পযার পুন্নমক অসিদা হাঙ্গনিবা দাস্য-প্রেম হাঙ্গবা অসি সনা পাংজবা হাঙ্গবনি। পয়ার অসি ফাওবদা শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গবা লোইরে

৪৭। মতৌ অসুম্না পযার ৯-৪৬ ফাওবগী মতৌগুম্না শ্রীঅদ্বৈতনা মপক্তা হাঙ্গখ্রিবা পযার পুন্নমক অসিগী মতৌগুম্না দাস্য ভাবকী মহিমা (মং.৭) কীর্ত্তন তৌই, কবিগুম্বদসু জগোই শাই, কবিগুম্বদন লাউন-লাউনা নোক্রকই, অদুগা শ্রীচৈতন্যগী (কৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যগী) মনাই ওইজবা কংনবগীদমক মী পুন্নমক্তা পাওতাক পী। জগোই শাবা নোকপা অসিনচিংবা অসি কৃষ্ণ-প্রেমগী মপানগী পুদম্নি। পযার অসি ফাওবা গ্রন্থকারনা হাঙ্গবনি।

৪৮। পয়ার অসি শ্রীঅদ্বৈতনা অমুক হন্না হাঙ্গবনি। শ্রীচৈতন্য প্রভুনা এবু (শ্রীঅদ্বৈতবু) গুরুনি হাঙ্গনা মপুক্লিংনা নীওঙ্গী, অদুম ওইনমক ঐদি মহাকী মনাইনি হাঙ্গনা নীওঙ্গী।

কৃষ্ণপ্রেমের এই এক অপূর্ব্ব প্রভাব।
গুরু সম লঘুকে করায় দাস্যভাব॥ ৪৯
ইহার প্রমাণ শুন শাস্ত্রের ব্যাখ্যান।
মহদনুভব যাতে সুদৃঢ় প্রমাণ॥ ৫০

অর্থ :

মাসি কৃষ্ণপ্রেমগী অঙকপা মগুণ অমনি।
গুরু. মমান্নবা, মখাবু নীংহল্লী মনাইনি॥ ৪৯
মাহুগী প্রমাণ তাবিয়ু শাস্ত্রদা য়াওরি।
পূক্‌চেনশেংবা মীবু, মাহুগী প্রমাণ ওইনরি॥ ৫০

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৪৯। শ্রীঅদ্বৈতনু শ্রীমন মহাপ্রভুনা গুরুনি হাঙ্গনা খল্লগা শ্রীঅদ্বৈতগী পুক্লিংদা অমুক মহাপ্রভুগী মনাইনি হাঙ্গনা মতৌ করম্না ওন্না-তৈনন। খনবা য়াগদগে ? মাহুগী মরম হায়জরি। শ্রীকৃষ্ণ-প্রেমগী অসিগুম্বা অঙকপা শক্তি ( স্বভাব ) অমনা মতৌ অহুম্না তৌরিবনি। শ্রীকৃষ্ণ-প্রেমগী অসিগুম্বা অঙকপা স্বভাব অমা লৈ, শ্রীকৃষ্ণনা কনাগুম্বনু মাঙোন্দগী পিকই নথানি হাঙ্গনা খল্লবদি মখোই অহুগ মপুক্লিংদা দাস্য-ভাব পোকহল্লী অহুগা কনাগুম্ববু গুরুনি নত্রগ। মনাম্নবনি হাঙ্গনা খল্লবসু মখোইগী মপুক্লিংদা দাস্যভাব পোকহল্লী। গুরু মীওইবগী লীলাদা রস নোইহনবগীদমক মহাকী লোইনবা খরবু গুরুনি হাঙ্গনা রাখন তৌই—মাহুদি শ্রীনন্দ-যশোদানচিংবা মমাম্নবা মীওইবগী লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা লোইনবা খরবু মমাম্নবনি হাঙ্গনা রাখন তৌই ; মখোই অহুদি সুবল-মধুমঙ্গলনচিংবা। মখাবু শ্রীকৃষ্ণনা মাঙোন্দগী হন্থবা মখা পূম্নমকপু অপিকপানা হাঙ্গনা রাখন তৌই—মাহুদি রক্তক পত্রক নচিংবা অসিনি। থাজৈশেংবদি শ্রীকৃষ্ণগী গুরু অমসুং মাগা মান্নবা কনা অমতা লৈতে ; লীলাগী শান্নরা য়ানবগীদমক লোইনবা খরদু গুরু অমসুং মমাম্নবনি হাঙ্গনা নীংবনি।

৫০। মাহুগী প্রমাণ—কৃষ্ণগী লোইনবশিংগ মনুংদা কনাগুম্বনা গুরুগী কাংলুপ্তি, কনাগুম্বনা মমাম্নবগী কাংলুপ্তি ; মখোইনা পুক্লিংহুম্ন কৃষ্ণপ্রেম্না মনাইগী রাখন পোক্‌হল্লী। শাস্ত্রদা য়াওরি শ্রীমদভাগবততা য়াওরি। পুক্‌চেনশেংবা মীনা—সাধুশিংনা সাধুশিংগী রাইদি অচুম্বা ভাক্তনি।

অন্যের কা কথা, ব্রজে নন্দ মহাশয়।
তাঁর সমগুরু কৃষ্ণের আর কেহো নয়॥ ৫১
শুদ্ধ বাৎসল্য—ঈশ্বর জ্ঞান নাহি যাঁর।
তাঁহাকেই প্রেমে করায় দাস্য অনুকার॥ ৫২

অর্থ :—

অতৈ লৈতে, ব্রজদা নন্দ নিংথৌনা লোইরে।
মাগা মান্নবা গুরু কনাসু লৈতরে॥ ৫১
মাদি ঈশ্বরনি নীংদে—অশেংবা বাৎসল্যনি।
প্রেমনা মহাকপু মনাইনি হাঙ্গনা নীংহনবনি॥ ৫২

গৌর-কৃপা-টীকা

৫১ ৫২। নন্দ মহারাজনা অসুম হাঙ্গনা নীংঙী, মাদুদি মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মপানি অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মচানি; অসুমনা নীংবা অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকপি-থাকপিরিবা, ভাক-শেনবিরিবা অসি মহাক্কি হাঙ্গনা থম্মী : মহাক্না করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হাঙ্গনা খাখন তৌদে, মরম অদুনা মহাক্না মপাগী খাখন তৌবা অসি অরেপ্পা লেংদবনি; মহাক্কী মপুক্কিংদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান চংদবা মরম্না মাগা ভাব অদু অশেংবা বাৎসল্য (মচানুংশিবা) ভাব চেল্লম্মী; বসুদেবসু শ্রীকৃষ্ণবু মচানি হাঙ্গনা থম্মী : তৌইগদসুং মরক-মরক্তা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান চংবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নি হাঙ্গনা খল্লকই; মথম অদুদা বসুদেবনা বাৎসল্য ভাব লৈরম্বা অদু হঙ্গোইরকই। তৌইগদসু নন্দ মহারাজদি শ্রীকৃষ্ণগী মপানি হাঙ্গনা খনবা পুক্কিং অদুদা অখোঙ্গবা-নংবা ভাব করিসু চংলক্তে। অদুম ওইনমক কৃষ্ণ-প্রেমগী অঙকপা শক্তিনা নন্দ মহারাজসু মনাই ওইবা ভাবকা তুংইল্লকই।

অতৈ লৈতে—ব্রজলীলাদা নন্দমহারাজনা শ্রীকৃষ্ণগী মপানি হাঙ্গনা নীংজবা অসিগা মান্নবা অতৈ লৈতে অমসুং মপানি হাঙ্গনা নীংবা অদুনা মহাকা মান্নবা গুরুসু অতৈ কনাসু লৈত্রে। মকম অসিদা নন্দ মহারাজগুম্না, মমা যশোদাবুসু খঙনরি—মখোয় অনিমক অশেংবা বাৎসল্য প্রেম লৈবা ভাকুনি। বসুদেবদি শ্রীকৃষ্ণবু মচানি হাঙ্গনা মতম পুম্নমক্তা নীংদে, ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-না মরক-মরক্তা চংলকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু মচানি হাঙ্গদবদা হঙ্গোইবা পোল্লকই। মরম অদুনা বাৎসল্যপ্রেম লৈবশিংগী মনুংদা নন্দ মহারাজগা মান্নবা অশেংবা বাৎসল্য প্রেম লৈবা কনাসু য়াওদ্রে। খাখন তৌহল্লী মনাইগী—তুংইলহল্লী মনাই ওইবা ভাবকী (মসিগী প্রমাণ্ডি মথাদা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক পুথোকচরি।)

তেঁহো রতি মতি মাগে কৃষ্ণের চরণে।
তাঁহার শ্রীমুখবাণী তাহাতে প্রমাণ ॥ ৫৩
'শুন উদ্ধব! সত্য কৃষ্ণ আমার তনয়।
তেঁহো ঈশ্বর, হেন যদি তোমার মনে লয় ॥ ৫৪
তথাপি তাহাতে মোর রহু মনোবৃত্তি।
তোমার ঈশ্বর কৃষ্ণে হউক মোর মতি ॥ ৫৫

অর্থ :—

মহাক্না কৃষ্ণগী চরণদা অনুরাগ নিজে।
মহাক্না হাঙ্গিখিবা য়াথংনা প্রমাণ লৈজে ॥ ৫৩
'তাও উদ্ধব! কৃষ্ণসি ঐগী ইচা অশেংবনি।
নংগী পুক্নিংদা মাবু নীংলবস্ম ঈশ্বরনি ৫৪
অদুম ওইনমক মাডোন্দা ঐগী পুক্নিং লুপসন্নু।
নংগী ঈশ্বর কৃষ্ণদা ঐনা নুংশিজব ওইসনু। ৫৫

---

গৌর-কৃপা টীকা

৫৩ মহাক্না (অশেংবা বাৎসল্য ভাব লৈবা) নন্দ মহারাজনা অনুরাগ নিজে— নুংশিজবা নিজে। মহাক্না হাঙ্গিখিবা য়াথংনা নন্দ মহারাজনা হাঙ্গিখিব সনা যাথংনা (মাহু মখাদা শ্রীমদ্ভাগবতকী ফোংদোক্নি)।

৫৪ ৫৫ নন্দমহারাজনা হাঙ্গিখিব সনা য়াথং অদু পয়ার অনিদা ফোংদোকচাব। শ্রীকৃষ্ণন উদ্ধবপু মথুরাদগী ব্রজদা থারকপা মতম অদুদা উদ্ধবনা ব্রজ য়োরগা উবা ফংলে, নন্দ মহারাজনা মচা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা নুংশি-নৈচাক্না চাত্নুনা লৈকম খওদনা য়াম্না য়ানা লৈরম্বা অদু। নিংথৌনা য়ানা লৈরম্বা অদু কোকক্নবগীদমক উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণদ ঈশ্বরনি হাঙ্গনা শিংথাবা হৌরক্লে; মহাক্ন শিংথাবা অদু তারগা নন্দ মহারাজনা হাঙ্গিরকই "উদ্ধব! ইবুংঙো মাগী নুংশি মৈচাক্না চাত্নুনা ঐ শিগাদৌবে, অদুম ওইবা কৃষ্ণ অদু ঐগী ইচানি, অতৈ অতোপ্পা অম নত্তে। অদুম ওইনমক কৃষ্ণবু নংনা ঈশ্বরনি হাঙ্গনা পুক্নিংনা নীংলি (ঐদি মাহু শুক্নী নীংদে), ঐগী ইচানি হাঙ্গনা খন্দুনা নুংশিনা অদু মহৌশাদৌনা অদুন নুংশিদুনা লৈ, হৌজিক নংগী নচিন্দগী ঈশ্বর ওইবগী বা অদু তারগা। নুংশিবা অদু মায়েং তাবা য়াবরোই; মরমদি, নংনা কৃষ্ণগী মরমদা হাঙ্গগে হাঙ্গবা মথৈ হাঙ্গজো, ঐদি মাবু ইচানি হাঙ্গনা খল্লুনী. ঐগী থম্মোইদগী হেন্না নুংশিজবা ইচানি, কবিগুন্না মরম

তথাহি ( ভা, ১০।৪৭।৬৬, ৬৭ )—

মনসো বৃত্তয়ো নঃ স্যুঃ কৃষ্ণপাদাম্বুজাশ্রয়াঃ।
বাচোঽভিধায়িনীর্নাম্নাং কায়স্তৎ প্রহ্বণাদিষু॥ ৫

---

## গৌর-কৃপা টীকা

অমদগী ঐনা মাঙোন্দা খুংশিবা নত্রবদি, মাবু য়োকপি থাকপিত্রবদি, মহাক্কী য়াইফনবগী ( মঙ্গলামঙ্গলগী ) মরমদা য়েংসিনবিত্রবদি মহাক য়ান্না অন্নাবা তাগনি- মাতুদা ঐহাক খাঙবা ঙম্মোই। অতুগা কৃষ্ণ কৌবা কনাগুম্বা ঈশ্বর অমা লৈরম্বা থোক্লবম্ব, মহাক্পু খুংশিজগ হাঙ্গিজবি। অমদি, ( নন্দনা খুংশিবা হেনজিনখিদুনা হাঙ্গিবকই ) নংনা মাবু ঈশ্বরনি হাঙ্গিরি ( থাঙ্গৎলংবদি মাতু ঐনা ইচানি ), অতুম ওইবা কৃষ্ণ অতুদা মতম লৈবা খিবিক্তা খুংশিজবা ওহজগে।" রাহৈ অসিদা শ্রীনন্দনা কৃষ্ণগী মনাই ওইবগী ভাব ফোদোক্লবম্ব কৃষ্ণদি ঈশ্বরনি হায়গিন খন্দুনা মনাহ ওহজগে হাঙ্গিবা নত্তে; মপা ওহবগী ভাব ওতু কাওদনা থম্লগা মনাই ওইগে হাঙ্গিবা ফোংদোকপনি ফোংদোক্লুরিবগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক্তি তমস্মুং অমঙ্গল মাঙাখনবগীদমক্তি গুকনি হাঙ্গিনা খনবা মীশিং অতুনা মংহাশানা মথ পোনবা মীশিংদগী সেবা ( হাঙ্গিবদি মথাপোনবা মাশিংনা সেবা তৌবা ) পাম্মী, নন্দ মহারাজদি শ্রীকৃষ্ণগী গুরুনি হাঙ্গিনা নীংলবম্ব মচানা মাঙোন্দা সেবা অমুক হন্নকনা পাংদে নীংদে—অহোইনদুম শ্রীকৃষ্ণগী শোইদা-ডামদনবগীদমক য়োকপি-থাকপিডুন মশামক্তা মচাগী সেবা তৌবা পামজে। মহাক্তা নীংজবগী ইতুংইন্না সেবা তৌগনা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবা তৌব অসি শ্রীকৃষ্ণ-প্রেমগী থোইদোক-হেন্দোকপা অংকপা অমনি।

শ্লো। ৫। অন্বয়। নঃ ( ঐখোইগী ) মনসঃ ( পুক্কিংগী ) বৃত্তয়ঃ ( শাজং-মতৌ পুন্নমক্তা ) কৃষ্ণপাদাম্বুজাশ্রয়াঃ স্যুঃ ( কৃষ্ণগী মখাং থম্বান্দ চংজসনু ); বাচঃ ( ঐখোয়গী রাডা পুন্নমক্তা ) নাম্নাং ( কৃষ্ণগী নাম পুন্নমক ) অভিধায়িনীঃ ( কীর্তন তৌষণ ) [ স্যুঃ ] ( ওইষণ ; তৎপ্রহ্বণাদিষু ( মাবু খুবমজবনচিংন্দা ) কায় ( ঐখোয়গী হকচাং ) অস্তু ( লৈষণ চংবা ওইসনু ) ।

অনুবাদ। ঐখোয়গী পুক্কিংগী শাজং মতৌ পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা চংজবা ওইষনু ( হাঙ্গিবদি উদ্ধব নংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হাঙ্গিনা নীংলবদি ঐখোয়না মাবু ফংবদি উম্মাই যাংনা লাপথোকখ্রে অদু ওই নম্বু ইবুংঙো মাঙোন্দ খোয়ন তৌফম থেকপদি তৌনা মাঙোন্দগী মাইদি ওল্লোকনুসি ); মস্মং ঐখোয়না রাহৈন থেংঙেন্ন ইবুংঙো মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী দামোদর-গোবিন্দ অসিনচিংবা ) নাম পুন্নমক কীর্তন তৌন (শানজনা)

কর্ম্মভির্ভ্রাম্যমাণানাং যত্র কাপীশ্বরেচ্ছয়া
মঙ্গলাচরিতৈর্দানৈ রতির্নঃ কৃষ্ণ ঈশ্বরে ॥ ৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীকৃষ্ণদা নুংশিজবা, ঐখোয়না মাগী মতিকচাবা মমা-মপা ওইবা "ভমজবা মাসিদং নিজরি।' 'মরূপ বাৎসল্য (মমা-মপানা মচাদা নুংশিবা) নুসুং মধুর ভাবকী স্বভাবতি মতৌ অস্তম তৌই নুংশিবনা নুংবংনরকপদা অমসুং মশাদা শ্রীকৃষ্ণনা চানবিত্রে হাঈনা খল্লবদা ভক্তগী থমোইদা যাম্না তোস্থবা অমা ফাওরকই, মাতুদা মশাগী ভাব রাখল অতু অরেম্বা কান্নদবা ওই অমসুং মপাই ওইবগী ভাব (দাস্য ভাব) ফাওরকই। মবম অতুনা নন্দ মহারাজনা হাঈগ্রিবা ভতুম্না বাখল তৌখি অমসুং "মনসোবৃত্তয়' নচিবা বাঙাং হাঈবা ওস্রিবনি—রা পুন্নম। অসি ঐশ্বর্য্য জ্ঞানদা ভাংবা নত্তে' (চক্রবর্ত্তি)।

অতোপ্পা অমদি, "মনসোবৃত্তয়" নচিবা শ্লোককী রা অসি নন্দ মহারাজগী মচিন্নদি হাঈখদে মথক্কী শ্লোক্ত হাঈখ্রে, "নন্দ মহারাজনচিংবাদ শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবনা মমিংঙা প্রেম্ন ইব চেন্দুনা খাঙ্গে হিক্-হিক্ লাউনা হাইব হৌরকই"—মাসিদগী খঙবা ওস্রিবদি, নুংশিবা হেঙিনখিবনা কাঈনবা মৈচাক্লা রাবা হেঙিনখিবন। রা ভাংগে তৌবকপদা নন্দ মহারাজগা মখোয়গী থবাক অতু ফুনখি, রা ভাবা ভনখিদে, মতম অমদা মাং লোইনবা মরূপ গোপ খবা লৈরম্মা, মখোয় অতুনা "মনসোবৃত্তয়' নচিবা শ্লোক অসি হাঈখি, মাসি নন্দ মহারাজনা হাঈবা নত্তে, হায়কমসু থোক্তে, মবমদি, "ঐখোয়গী পুক্নিংগী শাজং মতৌ পূন্নমক্না কৃষ্ণগা চরণ্ডা চংজবা ওইসনু' অস্তুম্না হাঙজব অসি বাৎসল্য প্রেম লৈবা শ্রীব্রজবাসীনা তৌবনোঃ (ওইখোক্তে)। (বৃহত্তোষণী)।

মথক্ক' শ্লোক অসি হকচাংনা থুকস্বনচিংবদা, রাভাংনা মাগী মাগী নাম শোনবদা অমসুং পুক্নিংনা ইবুংঙো মাং চরণ্ডা চংজতুনা মানসিক ভক্তি মখল পূন্নমক্না প্রার্থনা তৌজবনি প্রহবণ—থুকমজবা। প্রহবণাদি শব্দগা মতুংদ আদি যাওবা মরম্না সেবাবুস্থ খঙনৈ।

শ্লো। ৬। অন্বয়। ঈশ্বরেচ্ছয় (ঈশ্বরগী ইচ্ছান) কর্ম্মভিঃ (নহালমক্কী মপোক্কী কর্ম্ম ফলনা) যত্র কাপি (কদায়দা মফম অমদা) ভ্রাম্যমাণানাং (কাঈচং-চংপা) [আস্মাকং (ঐখোয়গী মঙ্গলাচরিতৈঃ (অফবা থবক পুণ্য তৌজবগী ফলনা) দানৈঃ (যম্নচিংব দান তৌবন) ঈশ্বরে (ঈশ্বর ওইবদা) কৃষ্ণে রতি (অনুরাগ, নুংশিবা) [অস্তু] (ওইসনু)।

তথাহি তত্রৈব (১০।১৫।১৫)—
পাদসম্বাহনং চক্রুঃ কেচিত্তস্য মহাত্মন।
অপরে হতপাপ্মানো ব্যজনৈঃ সম বীজয়ন॥ ৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

নীংবগী খুদম পীজখবে হৌজিক্কী মমান্নব-মরুপশিংনা মনাইগী ভাব নীংবগী খুদম পীজরি শ্রীদামচিংবা ব্রজলীলাগী মরুপশিংগী ভাবতি ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদে। তশেংনা হৃচম-চনা বাখল্দা লেজবনি, মখোইনা মপুক্কিংনা নাংঙী— শ্রীকৃষ্ণদি মখোইগ মরুপনি কর্বিগুম্ব। মমমদা মখোইদগী হেনখিবা লৈতে, মবম অতনা মখোইনা চপমান্নদনা খঙ। লালন-চিংবগী মতৌ ঐমতনা শাহিন্ন, কন্বিকম্ব হেমদা শান্নবদা পোবগ মখোইন কৃষ্ণনু মাবংবান্দ তাংহল্লী, হাতুগা কৃষ্ণনা পোন্নগন মখোইনা য়াগী মবেংব দা তোংঙী, মাংদম্ব মখোন্দনা কবিম্ব হাঙ্গাইবা পাক্তে তৌইগন্নম্বু কৃষ্ণ প্রেমগী অতকপ শুণ অমনা মখোইম্ব কবি-কর্বিগুম্ব মতমদা মনাইং ভাব খল্লহুনা কৃষ্ণগা চব সবা তৌই। প্রমগী স্বরূপা স্বভাবনা মখোইগী মপুক্কিংদ মনাইনা তৌব হৌনবা সেবা অদু তৌনীংহৃএকই — শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিইনবা দমরি হাঙ্গৈতনা।

শ্রীদামচিংবা মরুপশিংগী মনুংদ শান্ন ম নি হাঙ্গৈহুন মহাকী মনিং পন্নিবনি। ঐশ্বর্য্যজ্ঞান থাদ্দ -শ্রীকৃষ্ণনু ঈশ্বরনি হাইনা নীংবা জ্ঞান অসি মরুপশিংগী মপুক্কিংদা হাত (নাদ) লাল তৌহু—শা। তেনবগী ঐতৌ তমতুন নাকাক মাপাক থঙ্গাইনহুনা না শাইনবনচিংব তৌনা শান্নে

শ্লোক ৭ অন্বয় কেচিৎ (কনাগুম্ব) মহাত্মনঃ (যাম্ন লাইবক ফবা গোপশী অতাংশিংনা) তস্য (মহাকী শ্রীকৃষ্ণগী) পাদসম্বহন খোঙ নোইবা-শাম্বা) চক্রুঃ (তৌরম্মী), হতপাপ্মানঃ (পাপ থাওদ্রবা) অপরে (অতাম্বা গোপশী অতাংশিংন) ব্যজনৈঃ (হুমাইনা) সমবীজযন (হুমাই হুম্নম্মী)।

অনুবাদ। য়াম্না লাইবক ফবা কনা কনাগুম্বা গোপশী অতা শিংনা (সখা=মরুপশিংনা) অতুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মখোঙ নোইরম্মী, অমম্বু পাপ লেতববা অতাম্বা অতাংশিং (মমান্নবশিংনা) (উনানা শেম্বা) হুমাইনা শ্রীকৃষ্ণদা হুমাই হুম্নম্মী

পাদসম্বাহন খোঙ নাইবনচিংবা। তস্য—য়াইফব পুন্নমক্কী থোরককম ওইবা অতুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী। শ্রীকৃষ্ণগী সখা মমান্নবশিংদি জীব নত্তে, মবম অতুনা কবিগুম্বা মতমদা

কৃষ্ণের প্রেয়সী ব্রজে যত গোপীগণ।
যাঁর পদধূলি করে উদ্ধব প্রার্থন॥ ৫৮
যাঁ সভা উপরে কৃষ্ণের প্রিয় নাহি আন।
তাঁরা আপনাকে করে দাসী অভিমান॥ ৫৯

অর্থ :—

কৃষ্ণগী চান্নবীশিং ব্রজদা লৈরিবত্নগী।
উদ্ধবনা থুয়াগী-উফুল পামজৈ মখোইগী॥ ৫৮
মখোইদগী হেন্না নুংশিবা লৈত্রে কৃষ্ণনা।
মশাবু কৃষ্ণগী মনাইনি খল্লা মখোইনা॥ ৫৯

---

(.প.থ্ব. টা.)

পাপ্পা মখোইবু শোকপা ডমং, মখোইদি নিত্যসিব ভগবৎনা লোইননা অশব সংগী হকচাংনি।

মথক্কী পয়ারগী প্রমাণগী শ্লোক অসিনি "পাদসম্বাহন (এং)"—রাইদা লেংমাব্রবা মকপশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মখোও সেবা তৌনা অসিদ মনাই ওইবগী ভাব ফোংদোকই হাইনা খঙনগনি।

৫৮। কৃষ্ণপ্রেয়সী "অতোনবা হুন্তবমু" মনাইনি হায়বা নাংহল্লী, হৌজিক মাহুং, থুদম পীজরি নায়ক নায়িকা অনিগী মবক্তা নায়িকা। অতোনবা এই হুন্থে, ফিবম অসিদা অহানবদা কৃষ্ণগী চান্নবীশিংনা মনাইনি হাইনা নী বা অহুগী য়ারম হাইজরি—পয়ার ৫৮ ৬১ দা। চান্নবীশিংনা মতুংদ অমুক খাইগী মতাক্তা ব্রজগোপীশিংগী বা হাইরি

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী গোপসুন্দরী কয়ামুক লৈরিব, মখোই অহুগী প্রেমগা চাং তন্নগদবা কনাদ লৈতে। ইবুংনা মখোয়দগী হেন্না চানবমু কনামু লৈতে। মখোইগী প্রেম অহুগী মগুণ অহু উরগা, উদ্ধব মশামক্তা মখোইগী থুযাগী উফুল ফংজগে হাইনা নিজখি, অসিগুম্বী গোপসুন্দরীশিংনমু মখোইগী মতম-মশানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাইনা নীংজী।

তত্রৈব ( ১০।৪৭।২১ )—

অপিবত মধুপুর্য্যামার্য্যা পুত্রোঽধুনাস্তে স্মরতি স পিতৃগেহান সৌম্য বন্ধূংশ্চ গোপান।
ক্বচিদপি স কথাং নঃ কিঙ্করীণাং গৃণীতে ভুজমগুরুসুগন্ধং মূর্দ্ধ্ন্যধাস্যৎ কদা নু ॥ ৯ ॥

---

গৌর-কৃপা-টীকা

ব্রজজনার্ত্তিহন—ব্রজবাসিশিংগী অৱাবা কোকহল্লিবা । ব্রজসুন্দরী শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌহনা হাঙ্গরকই—ইবুংঙো নংনা ব্রজদা লৈরিবা ঐখোয় পুম্নমক্কী অৱাবা কোকহল্লিবনি, হিরম অসোমদদি নমিং চৎলিবনি ; ঐখোয়সু ব্রজদা লৈরিবনি ; নংবু উদবদা রাবনা ঐখোয়গী থৱাই অসি মপান থোকখিগদৌই ; ঐখোয়গী অৱাবা অসি কোকহনবিয়ু—অসোমদসু নংদি মতিক চানা হৈ শিংবনি । বীর—মফম অসিদাদ শ্রীকৃষ্ণনা দান তৌবদা কনববু খঙনরি ; ইবুংঙো মহাকপু কৌহৃতা হাঙ্গজরি—"ইবুংঙো নংদি দান তৌবদা কনবান ; পাবা ভম্নদবা পোৎ অহু নংদি লাঙ্গনা পীধোকই ; ঐখোয়না অপাম্বা পোৎ অহু চানবিহুনা ঐখোয়দা পীনবিয়ু ।" নিজজন স্বয়ধ্বংসনস্মিত - স্বয়ংগী অর্থদি নাপন, শাউবগুম্বা ; "নংনা অমুকুং মোমোন নোকপদা নংগী চান্নবীশিংগী নাপন অশাউবা পুম্নমক মাঙহনবা ভম্মী ; মরম অহুনা মখোঙ্গবু থাদোক্নুনা লোন মনুংদা মাঙলুবনা করিসু কাম্নবা লৈতে ; মরম অসিনা ইবুংঙো নং মপান থোকপিরক্নো, অমুক লোত্তুনা লৈবিরগনু ।" শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোঙ্গননা রাস সান্নফমদা ডাইহাক্তুং মুংডাইনা শান্নরম্মী । মাহুদা গোপী খুদিংমক্না লাইবক ফবা ওইরে হাঙ্গহুনা নাপন তৌখি । গোপীশিংনা লাইবক ফরে হায়হুনা নাপন তৌবা অহু কোকহনগে হায়বগীদমক রাস শান্নফমদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাঙখোকখি । তাসাং তং সৌভগমদং বীক্ষ্য মাণঞ্চ কেশবঃ । প্রশমায় প্রসাদয় তত্রৈবান্তরধীয়ত ।। শ্রীভা. ১০।২৯।৪৮।। সখে—"নং ঐখোয়গী মরুপ্পি—থৱাইগী মান্নবনি ; ঐখোয়না রাবদা নংসু রাগদবনি ।" ভবৎকিঙ্করী :—"ঐখোয় নংগী ননাইনি, নংডোন্দা চংজবীনি ; ঐখোয়বু মীরাইবা চুমদবনি ।" ভুংশিবদগী অতোনবা ফাওরক্নুনা অমুক্না হাঙ্গরিবনি । ভজ—ভাকপিয়ু, চানবিয়ু ; ঐখোয়গী নীংবা থুংহনবিয়ু । মতৌ করম্না মাহু ওইগদগে ? মাহু হাঙ্গজরি—জলরুহাননং অসিনচিংবা—থম্বালগী মতৌগুম্না ফজরবা নংগী মাইখোং অহু কুপা তৌবিহুনা ঐখোয়দা উহনবিয়ু । মাহু উহনবিরবদি ঐখোয় শোঙ্গদনা শিবা তারে ।

কৃষ্ণগী চান্নবী ব্রজসুন্দরীশিংগীসু মনাই ওইবগী ভাব অসি পোকই. শ্লোক অসিদা হাওরিব' ( ভবৎকিঙ্করীঃ বাহৈনা ) মনাই ওইবগী ভাব অহু উহল্লে ।

শ্লো, ৯ । অন্বয় । আর্য্যপুত্রঃ ( লৈশাক মচাতাবা মীগী মচা—শ্রীকৃষ্ণ ) অধুনা ( হৌজিক্কী-মতমদ ) মধুপুর্য্যাং ( মধুপুরীদা ) আস্তে ( লৈ ) অপি বা ( কবি ) ? সৌম্য

## গৌর-কৃপা-টীকা

( হে ইবুংভো )! স ( মহাক-শ্রীকৃষ্ণ ) পিতৃগেহান ( মপা, মমা, শঙ্গাই ) বন্ধুন (মকপ-মপাং খিবিকপু ) গোপন ( গোপশিংবু ) স্মরতি ( নীংশিং—বিরিব্রা )? (মহাক্লা ) ক্বচিদপি ( কবিগুম্বা মতমদা ) কিঙ্করীণাং ( মনাই ) নঃ ( ঐথোযগী ) কথাং ( রাবু ) গৃণীতে ( ভাংবিরিগত্রা )? অগুরুসুগন্ধং ( অগুরু মনম নম্বা ) ভুজং ( পাম্বোম্মা ) কদানু ( করন্থা মতমদা ) [ অস্মাকং ] ( ঐথোয়গী ) মূর্দ্ধ্নি ( কোক্তা ) অধাস্যৎ ( পাঈবিরখিগদগে, নানবি-রখিগদগে )?

অনুবাদ। হে ইবুংভো ( সৌম্য )। লৈবাকমগাতাবগী মচা অত্নু ( গুরুগী মযুমদগী হন্নতুন্না ) হৌজিক্তি মধুপুরীদা লৈররিনিনা? মহাক্লা হৌজিকী মতমদা ( মাগী ) মপা, মমা, য়ুম পুন্নমকপু শ্রীদাম্নচিংবা মকপশিংবু অমসুং গোপশিংবু নীংশিংবিবিত্রা? মগাকী মনাই ঐথোইগী রাবু মহাক্লা কবিগুম্বা মতমদা ভাংবিরিগত্রা? করম্বা মতমদা মহাক্লা মহাকী অগুরুদগী হেন্না মনম মুংশিবা পাম্বোম অত্নুনা ঐথোযগী কোক্তা পাঈবিবখিগদগে ( নানবিরখিগদগে )? ॥ ৯ ॥

শ্রীকৃষ্ণগী পাও পুত্নুনা উদ্ধবনা মথুরাদগী ব্রজদা থুংলবগা গোপসুন্দরীশিংগী সভাদা চংলম্মী, মতম অত্নুদা গোপসুন্দরীশিংনা উদ্ধপ্তা রা কযামুক হাঈখি, মাত্নুগী মনুংদা রা কয়াম্নমদি শ্লোক অসিনা কোংদোক্নে। গোপসুন্দরীশিংনা খঙলম্মী, মাত্নুদি, শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী মহৈংল্লবগীদমক গুরুগী মযুম চংলম্মী অমসুং মহৈতম্বা লোইবগা অমুক হন্ন গুরুগী মযুমদগী মথুরাদা হন্নকখি। উদ্ধপ্তা মথোঈনা হংলম্মী—গুরুগী যুমদগী মথবাদা হন্নলগা মহাক মথুরাদা অত্নুম লৈরিদনা? নত্রগা ব্রজ থাদোক্নুনা মথুবাদা লেংখিবগুন্না মথুরা থাদোক্নুনা অতোপ্পা মফমদা লেংখরববা? আর্য্যপুত্র আর্য্য শ্রীনন্দ মহারাজগী মচা; থাইনা মমাংউগী মতমদা মুপীশিংনা মবুংভোবু আর্য্যপুত্র ( লমচংখঙবগী ৎচা ) হাঈবন্নম্মী। মধুপুর্য্যাং—মধুপুরীদা, মথুরাগী অতোপ্পা মমিং অমদি মধুপুরী হাঈনৈ। পিতৃগেহান—রাহৈ অসিনা খঙনবিবদি মপা মমানচিংবা যুম-কৈংচিংবা পুন্নমকপু খংনৈ। বন্ধুন—উপানন্দনচিংবা শাগেগী মকপশিংবু। গোপান—শ্রীদাম্নচিংবা গোপগী অঙাংশিংবু। কিঙ্করীণাং—“আর্য্যপুত্র” রাহৈনা ব্রজসুন্দরীশিংনা মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী মুপীনি হাঈনা ইঙ্গিং তৌরবি; অত্নুম ওইনমক অমুক “কিঙ্করী” ( মনাই ) হাঈত্নুনা খঙহনবা অসিনা মুংশিবা হেজিককদগী অতোনবা ভাব থন্নকপনি। অগুরু মনম নম্বা—অগুরু চন্দনগী হেন্না মনম মুংশিবা। শ্রীকৃষ্ণগী অগুরু মনম নম্বা থৃংনা মাথাযগী মকোক্তা পাঈহনীংবগী ভাব অসিনা

তাঁ সবার কথা রহু শ্রীমতি রাধিকা।
সভা হৈতে সকলাংশে পরম অধিকা ॥ ৬০
তেঁহো যাঁর দাসী হৈঞা সেবেন চরণ।
যাঁর প্রেমগুণে কৃষ্ণ বদ্ধ অনুক্ষণ ॥ ৬১

অর্থঃ—

মখোঙ্গী ময়ামগী রাদি থমখিধি, শ্রীরাধানা।
ময়ামদগী হিরম পুন্নমক্তা অহেনবীনা ॥ ৬০
মহাকসু মনাই ওইদুনা চরণ সেবা তৌই।
কৃষ্ণবু মাগী প্রেমগী গুন্না পুন্দুনা থমই ॥ ৬১

তথাহি ( ভা, ১০।৩০।৩৯ )—

হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ কাসিকাসি মহাভুজ।
দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীকৃষ্ণগা শান্ননীংবগী খৌবাংবা অতু ব্রজসুন্দরীশিংনা মপুক্লিংদা য়াম্না কন্না লৈরে হাঙ্গবা খঙনৈ।

অতুনা মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংঙী, মাতুগী প্রমাণ্ডি শ্লোক অসিনি।

৬০—৬১। ব্রজসুন্দরীশিংতনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাঙ্গনা হাঙ্গনা খনবা নত্তে; মখোয়গী মনুংদা হিরম খুদিংদা খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপী শ্রীরাধিকা-মাগী প্রেমগী থৌরীনা, শ্রীকৃষ্ণবু পুন্দুনা থম্লিবা—মহাকসু শ্রীকৃষ্ণগী মন ইনি হাঙ্গনা নীংঙী।

মখোয় ময়ামগী - শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী ব্রজগোপীশিংগী। অহেনবীনা—খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপীনা। প্রেমগী গুন্না—প্রেমগী থৌরীনা। পুন্দুনা থমই—মতম লৈবখিবক্তা কাক্তিন্দুনা থমই।

শ্লো। ১০। অন্বয়। হা নাথ (হা ইবুংঙো)! হা রমণ (হা মুংশিবা)! হা প্রেষ্ঠ (হা চান্নখোইবা)! হা মহাভুজ (হা পাম্বোম অচৌবা)! ক (কদাইদা) অসি (লৈবগে)? ক (কদাইদা) অসি (লৈবগে)? সখে (মরুপ)! কৃপণায়া; (তোল্লবী) দাস্যাঃ (ননাইগী—ননাই) মে (ঐবু) তে (নংগী) সন্নিধিং (নক্তা) দর্শয় (উহনবিয়ু)।

দ্বারকাতে রুক্মিণ্যাদি যতেক মহিষী।
তাঁহারাও আপনাকে মানে কৃষ্ণদাসী॥ ৬২

অর্থ :—

দ্বারকাদা রুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংসু।
মশানা কৃষ্ণগী মনাইনি থল্লী মথোঈসু।। ৬২

তথাহি (ভা, ১০।৮৩।৮)-

চৈদ্যায় মার্পয়িতুমুদ্যত কার্ম্মুকেষু রাজস্বজেয়ভট-শেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ।
নিন্যে মৃগেন্দ্র ইবা ভাগমজা বিযূথাৎ তচ্ছ্রীনিকেতচরণোহস্তু মমার্চ্চনায়॥ ১১

## গৌর-কৃপা-টীকা

অনুবাদ। হা নাথ! হা রমণ! হা চান্নথোইবা! হা মহাভুজ! নং কদাইদা লৈবগে? নং কদাইদা লৈবগে? হে মরুপ! নংগী ননাই তোল্লবী ঐবু নংগী নশক উহনবিয়ু (নংগী ননাক্তা পুবিযু)। ১০ ।

শরৎ ঋতুদা শান্নবা মহাবাসতা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাবু লোইনরম্লগা মাঙথোকখরে; মতম খন্না মহাক্তা লোঈননা বোন কোঈমিম্নরম্লগা মতুংদা মাবু থাদোক্লনা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙথোকখরে, মাতুদা প্রেমগী মেগাক্লা বাবনা খাওবা ঙমদহুন শ্রীরাধিকানা মথক্কী শ্লোক অসিনা হায়রি—শ্রীকৃষ্ণবু খল্লুবদা। হা—অরাবগী খুদম্নি। নাথ—ঙাকপীরিবা, ইবুংঙো। রমণ—নুংশিবা শান্নবা মপু নুংঙাইবা পীবিবা। প্রেষ্ঠ—চান্নথোইবা। ক অসি—ঐবু হুন্দোকপীরগা নং নতোমদা কদাইদা লৈবগে? অনৈরক হন্না হায়রিবা অসিনা খঙনরিবদি থৌরাংবা হেক্তিনবা অমম্নুং উননীংবগী উৎকণ্ঠাবু খঙনৈ। সখে "নংগা লোঈনবা ফংজহল্লম্লগা হৌজিক কদাইদা লৈপ্পবগে. মফম অদু ঐনা খঙবা ঙমদরে।" মতম অদুদা য়াম্না তোম্বরুপগী ভাব অমা ওইরক্লনা হায়বকই—"দাস্যাস্তে"—ঐদি নংগী ননাইনি, মরুপ ওইবদা মতিক চাদে; মাতুদসু অমুক "কৃপণা" য়াম্না তোল্লবী যাম্না রাজরবীনি, নংবু উদবদা বাবন খাঙবা ঙমদবা অসি কোকপা ইঙম ঙমদরে। শ্রীমতী রাধিকাসু মনাইনি হায়না নাংবা অদু উহন্নীহুনা শ্লোক অসি থেচ্চরি।

৬২। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়না নীংবগী বা হায়প্লবনিনা হৌজিক্কা দ্বারকাগী ইবেম্মশিংগী মপুক্লিংগু মনাইনি হায়না নীংবা অদুগী বা হাইজবে; শ্রীকৃষ্ণগী মুপীনি হায়হুনা মথোয়সু শ্রীকৃষ্ণগী মথা-হন্বাশিংগী মনুং চল্লী।

পয়ার অসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক উচ্চরি।

(শ্লো। ১১। অন্বয়। মাং (ঐবু) চৈদ্যায় (শিশুপালদা—শিশুপালগী-মখুত্তা) অর্পয়িতুং (পীগে হায়বগীদমক) রাজসু (জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌ কাংবুনা) উদ্যত কার্ম্মুকেষু (শৌঙ-

## গৌর-কৃপা-টীকা

তেন পাঙ্গরবদা ) অজেয়ভট শেখরিতাঙ্ঘ্রি রেণুঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াগী উফুলনা অকনবা থৌনাফবা নিংথৌশিং অতুগী মকোক্কী লৈতেং ওইরম্মী ) মৃগেন্দ্র ( নোংশা ) অজাবিব্ থাং ( হামেং অমস্তুং য়াওগী মরক্কগী ) ভাগং ইষ ( মাগী শরুক লৌবগুম্না ) [ মাং ] ( ঐবু ) নিন্যে ( পুরক্রম্মী ), তচ্ছ্রীনিকেতচরণঃ ( ফজবগী তৃংফম ওইবা মাগী চরণ ) মম ( ঐগী ) অর্চ্চনায় ( সেবাগীদমক, খুকম্নবগীদমক ) অস্তু ( ওইজগে )।

অনুবাদ। শিশুপালগী মথুত্তা ঐবু ( রুক্মিণী দেবীবু ) পীগে হাঙ্গবগীদমক ( জরাসন্ধনচিংবা ) নিংথৌ পূম্নমক্না মথুত্তা লৈরাং তেন পাঙ্গরবদা, অকনবা নিংথৌশিং অতুগী মকোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াগী উফূন থনম্মী হাঙ্গবদি মকোক্তা খোংপাক্না নেৎতুনা অমস্তুং ইমুংতো মহাক্না—হামেং অমস্তুং য়াওগী মরক্কগী নোংশানা মাগী চানবা শরুক লৌবদোনা, ( অদুম ওইবা নিংথৌশিংগী মবক্কগী ) ঐবু ( হুরান্দুনা দ্বারকাদা ) পুরম্মী, অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবগী তৃংফম ওইবা চরণ অতুগী সেবা তৌহ্নুনা ঐনা ( মতম কুইনা ) লৈজগে। ১১

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুপী শ্রীরুক্মিণী দেবীনা হাঙ্গবনি। শ্রীরুক্মিণীদেবীগী মবুংনা মহাকপু শিশুপালদা লুহোংহ্নুনা পীগে হাইনা নীংখি ; তৌইগুম্নস্তুং রুক্মিণীনা লোম্না লাইরিক ইহ্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ্ডা থরাই হকচাং কৎখি অমস্তুং মতম চানা লেংবিরতুনা খুদোং গীবদগী লাম্তোকপীনু হাঙ্গহ্নুনা চিঠি থাখি। মাহুগী মতুং ইম্না শ্রীকৃষ্ণনা লেংলতুনা শ্রীরুক্মিণী দেবীবু পুহ্নুনা চংখিবা মতম অতুমক্তদা জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মথুত্তগী মুন্নবগীদমক থৌরাং তৌখি। শ্রীকৃষ্ণনা মখোঙ্গী পূম্নমক অতুবু মাইথীবা পীহ্নুনা রুক্মিণী দেবীবু দ্বারকাদা পুখি। শ্লোক অসিদা, শ্রীরুক্মিণী দেবীনা লাইবক-ফবা অমস্তুং অতোনবনি হাঙ্গনা নীংজবা অদু ফোংদোক্লি।

চৈদ্যায – চৈদ্যগী মপু শিশুপালগা খুত্তা। অজেয়ভটশেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ—অজেয় ( জয় তৌবা ঙমদবা ) অকনবা ( ভট ) পূম্নমক, মখোয়গী শেখরিত ( কোক্কী লৈতেং ) অঙ্ঘ্রিরেণু ( খুযাগী উফুলনা ) ; কনাগুম্বা মী অমনা জয় তৌবা ঙমদ্রবা কনবা জরাসন্ধনচিংবা অকনবা পূম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগা লাল তৌনগদবগী থৌরাং তৌরম্মী, মাহুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয অতুবু মাইথীবা পীহুনা খোংপাক্না মখোয়গী মকোক্তা কাওরম্মী নেৎলম্মী ; মাহুনা ইবুংঙো মহাক্কী খুযাগী উফুল অদুনা কোক্কী লৈতেংগুম্না মখোয়গী মকোক্তা তারম্মী। নিনে দ্বারকাদা পুহুনা চংগ্রে জরাসন্ধনচিংববু মাইথীবা পীরগা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীবু দ্বারকাদা পুখবে। মতৌ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগা রুক্মিণীগা লুহোংগ্রে হাঙ্গবা থঙৈ ; রুক্মিণীনা

তথাহি ( ভা, ১০ । ৮৩ । ১১ )—
তপশ্চরন্তি মাজ্ঞায় স্বপাদস্পর্শনাশয়া ।
সখ্যোপেত্যাগ্রহীৎ পাণিং সাহং তদ্গৃহমার্জনী ॥ ১২

## গৌর-কৃপা টীকা

ইকাইহনা লুহোংলে হাঙ্গবসি শেংনা হাঙ্গরমত্রে। জরাসন্ধনচিংবগী মরক্তগী শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীবু মতো কয়রা পুথিবগে? মাদু হাঙ্গজরি। হামেং অমসুং য়াও শজু অমগী মরক্তগী নোংশানা মানা অপাম্বা অমা খদুনা ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা পুহনা চংথিবগুম্বা, শ্রীকৃষ্ণনু জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংগী মরক্তগী ঐবু ( রুক্মিণীবু ) পুহনা চংপনি। শ্রীরুক্মিণী দেবীনা হাঙখি—শ্রীকৃষ্ণগী মখোং থম্বান অসি ঐগী পূজা তৌননবা পোং ওইজগে; মাহে অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীরুক্মিণী দেবীগী পুক্নিংদা মনাইগী ভাব লৈবা অদু কোংদোকই।

শ্লো। ১২। অন্বয়। স্বপাদ স্পর্শনাশয়া ( ইবুংঙো মহাক্কী চরণ শোক্নমে হাঙ্গনা নীংজবা ) যাং ( ঐবু ) তপশ্চরন্তীং ( তপস্যা তৌবী, লাই নীংবী ) আজ্ঞায় ( খঙলহনা ) সঃ ( মহাক—শ্রীকৃষ্ণ ) সখ্যা ( মরুপ অর্জুনগা লোঙ্গননা ) উপেত্য ( ঐগী ইকমদা-ইনাক্তা লাক্তুনা ), [ মম ] ঐগী পাণিং অগ্রহীৎ ( লৌবিখরে ), অহং ( ঐদি ) তদ্গৃহমার্জনী ( মাগী শ্রীকৃষ্ণগী—য়ুমগী য়াইশিংপী ওইজবনি )।

অনুবাদ। অতুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অতুনা—ঐনা মাহাক্কী চরণ শোক্চবা ফংজগে হাঙ্গনা লাইনীংজবা অদু খঙলহুনা মাগী মরুপ অর্জুনগা লোঙ্গননা ঐগী ইনাক্তা লেংলক্তুনা ঐবু লৌবিরে, ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী য়ুমগী য়াই-শিংপী ওইজবতনি ( তৌইগুম্বসুং ইবুংঙো মহাক্কী মুপী ওইবদি মতিক চাজদে )। ১২।

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুপী শ্রীকালিন্দী দেবীনা হাঙ্গবনি। মহাক অসি সুমিংকী মচা মুপীনি অমসুং যমুনাগী শেম্বি-শাবিবনি, শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইবা ফংজনীংবদগী লাই-নীংঙী ( তপস্যা তৌই ), সুমিংনা ( সূর্য্যদেবনা ) যমুনাগী ঈশিং মসুংদা মাগী দমক কোমুং অমা শাবিত্তুনা লৈহনখি, মহাক্না মাদুদা লৈজরগা লাই নীংঙী। নোংমা সুমিং অমদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা শা-ভানবা ( মৃগয়া ) লাক্পদা কালিন্দী দেবীনা লৈরিবা যমুনাগী তোর্বান্দা থুংলরে, মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা কালিন্দী দেবীবু উবা ফংলহুনা মহাক্কী য়ারী খঙননবগীদমক মহাক্কী মরুপ অর্জুনবু কালিন্দীগী মনাক্তা থাজিন্নরে। অর্জুননা কালিন্দীগী মচিন্দগী য়ারী পূম্মক খঙলহুনা শ্রীকৃষ্ণদা পাও তম্নরে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগা লোঙ্গননা কালিন্দীবু পুরক্তুনা অহানবদা হস্তিনাদা থুংলৈ,

তত্রৈব ( ১০ । ৮৩ । ৩৯ )—
আত্মারামস্য তস্যেমা বয়ং বৈ গৃহদাসিকাঃ।
সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যাদ্ধা তপসা চ বভূবিম ॥ ১৩ ॥

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুগী তুংদা দ্বারকাদা পুরক্লুনা হৌনবী মতুং ইন্না লুহোংখি। শ্রীভা, ১০ । ৫৮ । অ )। স্বপাদ—স্পর্শনাশয়া—শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শোকচনীংহ্না শ্রীকৃষ্ণবু মপুন্নোইবা ওইজনীংহ্না।

শ্লো। ১৩। অন্বয়। ইমাঃ ( অসি ) বয়ং ( এখোয়না ) বৈ সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যা ( সংসার-গী অপাম্বা পুম্নমক্ থাদোক্লুনা ) তপস' চ ( ইবুংঙোগী সেবা ফংনবা লাই নীংহ্না ) আত্মারামস্য ( আত্মারামগী ) তস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) অদ্ধা ( সাক্ষাৎ তশেংনা গৃহদাসীকাঃ ( য়ুমগী মনাই ) বভূবিম ( ওইরে )

অনুবাদ। এখোয় পুম্নমক্লা ( শেন-থুম ইচানচিংবা ) মাযা সংসারগী অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা, কৃষ্ণগী ম·াই ওইজগে হাঙ্গনা তপস্যা তৌভ্রবনা ( লাই নীংজবনা ) অহুম ওইবা আত্মারাম শ্রীভগবানগী য়ুমগী মনাই ওইবা ফংজরে। ১৩।

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুপী শ্রীলক্ষ্মণা দেবীন হাঙ্গবনি। মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লুহোংবা ফংজবগী রান্নী অহু দ্রৌপদী দেবীদা শংদোক্লা তমজকবদা খজিক্তং ইকাইবা ফংলম্মী, মতম অহুদা মাগী মচে শ্রীরুক্মিণী নচিংবনা হয়াওনবগীদমক মহাক মশাগী রাদি লোত্তুনা থম্নগা শ্লোক অসিদা মখোয মুপী নিপান্না শ্রীকৃষ্ণদা মনাই ওইবা ফংজবগী লাইবক ফবা ফংবা অহু ফোংদোক্লম্মী।

কল্প ময়েং তারকপদা ( কল্পাশয়ে ) নুমিৎ গ্রহণ ( সূর্য্যগ্রহণ —উপলক্ষদা ) থোকপদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাগী মরুপশিংগা লোইননা কুরুক্ষেত্রদা চৎলম্মী, মতম অহুদা ব্রজবাসীশিংসু মফম অহুদা চৎলম্মী অমসুং যুধিষ্ঠিরনচিংবসু চৎলম্মী, দ্রৌপদী দেবীসু য়াওরম্মী। নোংমদি দ্রৌপদী দেবীগা শ্রীকৃষ্ণগী মুপী-শিংগা তিন্নবদা শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ করম্না মখোয় খুদিংমকপু লুহোংলম্বগে হাঙ্গবা অহু, মখোয়গী মচিন্দগী তোঙান-তোঙান্না তানীংহ্না মন্নী-মখোং হংলম্মী, মাহুদা কৃষ্ণগী মুপীশিংনা ফোংদোক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিহ্না মখোয় ময়াম্বু লুহোংলবসু মখোয খুদিংমক্কী থমোইদদি কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থনবনা নম্মী, ভাব অসি মখোয় খুদিংমক্লা হাঙ্গদোরকপদা তশেংনা ফোংদোরক্লবনি।

আনের কি কথা, বলদেব মহাশয়।
যাঁর ভাব শুদ্ধসখ্য বাৎসল্যাদিময়॥ ৬৩
তেঁহো আপনাকে করেন দাস ভাবনা।
কৃষ্ণদাস ভাব বিনু আছে কোন জনা॥ ৬৪

অর্থ :—

অতৈগী য়াদি থমখিসি বলদেব মক্লা।
অশেংবা মরুপ বাৎসল্য-প্রেম চেনবা ফাওবনা॥ ৬৩
মনাইনি হাঙ্গনা থল্লবদা মহাক মশা ফাওবা।
কবম্বা মী লৈবগে কৃষ্ণমনাই নত্তবা?॥ ৬৪

গৌর-কৃপা-টীকা

ইয়া বয়ং—ঐখোয় পুম্নমক্লা; রুক্মিণী, সত্যভামা, জাম্বুবতী, কালিন্দী, ভদ্রা, সত্যা, মিত্রবিন্দা অমসুং লক্ষ্মণা- শ্রীকৃষ্ণগী মুপী নীপান অসিবু "ইমা" শব্দনা খঙনে। সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্তা শেন-থুম, ইচা ইশুনচিংবা পুম্নমক অমু থাদোকুনা। মখোয় অতুনা সংসারগী বিষয় পুম্নমক্কী পুক্নিংবু চিংখিগু্না শ্রীকৃষ্ণ সেবাদা মপুং ফানা পুক্নিং চংঙী। তপসা— তপস্যা তৌতুনা; শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অসি মখোযগী মহৌসাগী মশাগী ধর্ম্মনি।

আত্মারামস্য—আত্মারাম শ্রীকৃষ্ণগী। "শ্রীকৃষ্ণ আত্মারামদি মুংঙাইবনা থল্লী হায়রুনা মশা মতোমতনা অতুম পেঙ্গবা ওস্মী, মহাক্কী মুংঙাইনবগীদমক মপান্দগী কনাদগীসু নপচকনবগী মথৌ লৈতে; ফিবম অসিদা ঐখোয়বু মহাক্না য়াবিবিবা অসিদি—ঐখোযদা মহাক্না চানবিবা উৎপগী খুদম্নি।" বা অসি শ্রীলক্ষ্মনা দেবীনা অতোনবা উচ্চবনি; শ্রীকৃষ্ণগী মুপীশিংদি মহৌশানা স্বরূপ শক্তিনি হাঙ্গতুনা শ্রীকৃষ্ণগী অতোপ্পা অমা নত্তে; মরম অতুনা মহাক্না মপুং ফাবা (পূর্ণ) ওইরবসু মখোঙ্গা লোঙ্গননা শান্নে। মযামগা শান্নবা অসিদা ইবুংঙো মহাক্কী আত্মারাম ওইবা অহুদগী মযেং তাথবকপা লৈতে।

গৃহদাসিকা—(দাসী - শব্দদা 'ক' প্রত্যয় তৌবগা), গৃহসম্মার্জ্জনাদিকারিণী (য়ুমগী য়াই-রম শেংবী অতোনবী মীনাইনুবীগী অর্থ ওই), অতুনা ইবুংঙো মহাক্কী মুপী ওইবদি মৃত্তিক চাদে হাঙ্গজবতনি।

পয়ার ৬২ দা "রুক্মিণীনচিংবী" হাঙ্গখিবতুনা, শ্রীকৃষ্ণগী মুপীশিংনা মশা-মশানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী; মাতুগী প্রমাণ ওইনবা শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক উহঙ্গরে—শ্রীরুক্মিণী দেবী, শ্রীকালিন্দী দেবী, শ্রীলক্ষ্মণা দেবীগী য়াহৈ য়াঙাংদা অথোইবা মুপী নীপান মক্লা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী হাঙ্গখরে।

৬৩ ৬৪। পয়ার ৫১—৬১ দা ব্রজগী লোঙ্গনবশিং অমসুং পয়ার ৬২ দা দ্বারকাগী লোঙ্গনবগী মমুংচল্বা মুপী ইবেম্মশিংনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী (নীংঙী) হাঙ্গবতু উহঙ্গখ্রে, হৌজিক শ্রীবলদেবনা মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অতু উহঙ্গরি।

সহস্রবদনে যেঁহো শেষ শঙ্কর্ষণ।
দশ দেশ ধরি করেন কৃষ্ণের সেবন॥ ৬৫

অর্থ :—

মাইথোং লিশিং অমা পানবা শেষ সঙ্কর্ষণনা।
কৃষ্ণ সেবা তৌই হকচাং তরা পুখোক্লুনা॥ ৬৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীরুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মুপীনি হাঙ্গৈনা নীংলবা অমসুং মপুরোইবগী সেবানা মুপীগী তৌকম থোকপা মথৌনি হাঙ্গৈনা নীংলগা মথোয়গী থমোয়দা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা খঞ্জবা অহু ওইথোক্তবা নত্তে অচুম্বনি; তৌইশুবসুং শ্রীবলদেব—শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বুংনি হাঙ্গৈহুনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশিবা অহু ঐশ্বর্য্য জ্ঞান য়াওখিদরে, অশেংবা বাৎসল্য (মচাদা মুংশিরা) অমসুং অশেংবা মরুপ্তা মুংশিবদৌনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশিখরে, অহুম ওইবা শ্রীবলদেব কাওবসু মহাক মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা খঞ্জবা মতম অসিদা কনা শুধা ঐশ্বর্য্য জ্ঞান চেনবা মথোয়সু মশা অহু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা শোইদনা খল্লগনি, মাদিদা করি চিংবনীংঙাই লৈবগে?

অশেংবা মরুপ—ঐশ্বর্য্য জ্ঞান য়াওদবা মমাম্নবা, মাহ্নৈ হাঙ্গৈনা খনবা। বাৎসল্য প্রেম চেনবা—ঐশ্বর্য্য জ্ঞান য়াওদবা অশেংবা মচাদা মুংশিবা। মনাওগী মফমদা ময়াম্বুনো মুংশিরা অসি বাসল্য প্রেমগুম্না বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশি; অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা মহাক্না মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী মমাম্নবনি হাঙ্গৈনসু খল্লী। থাঙ্গৈশেংবদি, মহাক্কী ভাব অসি অয়ামবা অশেংবা মরুপকী ভাবনি। মনাইনি হাঙ্গৈনা খল্লবদা—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা পুক্নিংনা নীংলবদা। শ্রীবলদেবনা মনাইনি হাঙ্গৈনা খনবা অসি শ্রী, ভা, ১০।১৩।৩৭ শ্লোক্লা প্রমাণ ওইরি "প্রায়ো মায়াস্তু মে ভর্ত্তুঃ—মায়া অসি ঐগী প্রভু শ্রীকৃষ্ণগীনি—য়াহৈ অসিদা "ভর্ত্তুঃ" শব্দ অসিনা খঙবিবদি শ্রীকৃষ্ণবু মাগী "ভর্ত্তা—মবুংঙো, প্রভু" নি হাঙ্গৈনা খঙনরে, মরম অহুনা বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা খেনবা অহু প্রমাণ ওইরে। পয়ার ১।৫।১১৮—২০ গী টীকাদা য়েংবিয়ু। কৃষ্ণ মনাই নত্তবা—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গৈনা খন্দবা মী কনা অমতা লৈতে। য়াহৈ অসিগী খুদম থজিক্তুং পয়ার ৬৫—৬৮ দা উচ্চরি।

৬৫। অনন্ত দেবনা (পাখংবনা) কৃষ্ণ মনাইনি হাঙ্গৈনা নীংবগী য়াম হাঙ্গৈজরি। ১।৫।১০০—১০৭ পয়ারদা য়েংবিয়ু। হকচাং তরা—১। ছত্র, ২। খুরম, ৩। ফমুং, ৪। কোক্লা খাওনবা মোন, ৫। ফি, ৬। ইংখোল, (লৈজোল), ৭। যুখ, ৮। অকপ

## গৌর-কৃপা-টীকা

( হে ইবুংঙো )! স ( মহাক-শ্রীকৃষ্ণ ) পিতৃগেহান ( মপা, মমা, শঙ্গাই ) বন্ধুন (মকপ-মপাং খিবিকপু ) গোপন ( গোপশিংবু ) স্মরতি ( নীংশিং—বিরিব্রা ) ? (মহাক্লা ) কচিদপি ( করিগুম্বা মতমদা ) কিঙ্করীণাং ( মনাই ) নঃ ( ঐখোযগী ) কথাং ( রাবু ) গৃণীতে ( ভাংবিরিগব্রা ) ? অগুরুসুগন্ধং ( অগুরু মনম নম্বা ) ভুজং ( পাম্বেমা ) কদানু (কবন্থা মতমদা ) [ অস্মাকং ] ( ঐখোয়গী ) মূর্দ্ধ্নি ( কোক্তা ) অধাস্যৎ ( পাঙ্গবিরখিগদগে, নানবি-রখিগদগে ) ?

অনুবাদ। হে ইবুংঙো ( সৌম্য )! লৈবাকমচাতাবগী মচা অদু ( গুরুগী মযুমদগী হল্লকুনা ) হৌজিক্তি মধুপুরীদা লৈবরিনিনা ? মহাক্লা হৌজিক্কী মতমদা ( মাগী ) মপা, মমা, য়ুম পুন্নমকপু শ্রীদামচিংবা মরূপশিংবু অমসুং গোপশিংবু নীংশিংবিবিব্রা ? মগাক্কী মনাই ঐখোইগী রাবু মহাক্লা কবিগুম্বা মতমদা ভাংবিরিগব্রা ? করম্বা মতমদা মহাক্লা মহাক্কী অগুরুদগী হেল্লা মনম মুংশিবা পাম্বোম অদুনা ঐখোযগী কোক্তা পাঙ্গবিরখিগদগে ( নানবিরখিগদগে ) ? ।। ৯ ।।

শ্রীকৃষ্ণগী পাও পুদুনা উদ্ধবনা মথুরাদগী ব্রজদা থুংলবগা গোপসুন্দরীশিংগী সভাদা চংলম্মী, মতম অদুদা গোপসুন্দরীশিংনা উদ্ধপ্তা রা কযামুক হাঙ্গখি, মাদুগী মক্তংদা বা করামরমদি শ্লোক অসিনা কোংদোক্লে। গোপসুন্দরীশিংনা খঙলম্মী, মাদুদি, শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী মহৈংঙমবগীদমক গুরুগী মযুম চংলম্মী অমসুং মহৈতম্বা লোইবগা অমুক হল্লা গুরুগী মযুমদগী মথুরাদা হল্লকখি। উদ্ধপ্তা মখোঙ্গনা হংলম্মী—গুরুগী যুমদগী মথুরাদা হল্লকপা মহাক মথুরাদা অদুম লৈবিদনা ? নত্রগা ব্রজ থাদোক্লনা মথুরাদা লেংখিবগুম্না মথুরা থাদোক্লনা অতোপ্পা মফমদা লেংখরববা ? আর্য্যপুত্র আর্য্য শ্রীনন্দ মহারাজগী মচা ; থাইনা মম্মাংঙৈগী মতমদা মুপীশিংনা মবুংঙোবু আর্য্যপুত্র ( লমচংখঙবগী মচা ) হাইনরম্মী। মধুপুর্য্যাং—মধুপুরীদা , মথুরাগী অতোপ্পা মমিং অমদি মধুপুরী হাঙ্গনৈ। পিতৃগেহান—রাহৈ অসিনা খঙনরিবদি মপা মমানচিংবা যুম-কৈনচিংবা পুন্নমকপু খংনৈ। বন্ধুন—উপনন্দনচিংবা শাগৈগী মকপশিংবু। গোপান—শ্রীদামচিংবা গোপগী অঙাংশিংবু। কিঙ্করীণাং—"আর্য্যপুত্র" রাহৈনা ব্রজসুন্দরীশিংনা মশাবু শ্রীকৃষ্ণগা মুপীনি হাঙ্গনা ইঙ্গিৎ তোৌবনি ; অদুম ওইনমক অমুক "কিঙ্করী" ( মনাই ) হাঙ্গদুনা খঙহনবা অসিনা মুংশিবা হৌজিক্তদগী অতোনবা ভাব থল্লকপনি। অগুরু মনম নম্বা—অগুরু চন্দনদগী হেল্লা মনম মুংশিবা। শ্রীকৃষ্ণগী অগুরু মনম নম্বা খুৎনা মাখাযগী মকোক্তা পাঙ্গহনীংবগী ভাব অসিনা

তাঁ সবার কথা রহু শ্রীমতি রাধিকা।
সভা হৈতে সকলাংশে পরম অধিকা॥ ৬০
তেঁহো যাঁর দাসী হৈঞা সেবেন চরণ।
যাঁর প্রেমগুণে কৃষ্ণ বদ্ধ অনুক্ষণ॥ ৬১

অর্থ:—

মখোঙ্গী ময়ামগী য়াদি থমখিথি, শ্রীরাধানা।
ময়ামদগী হিরম পুন্নমক্না অহেনবীনা॥ ৬০
মহাকম্ মনাই ওইদুনা চরণ সেবা তৌই।
কৃষ্ণবু মাগী প্রেমগী গুন্না পুন্দুনা থমই॥ ৬১

তথাহি (ভা, ১০।৩০।৩৯)—
হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ ক্বাসিক্বাসি মহাভুজ।
দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম॥ ১০

গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীকৃষ্ণগা শান্ননীংবগী থৌবাংবা অদু ব্রজসুন্দরীশিংনা মপুক্লিংদা যাম্না কন্না লৈরে হায়বা থগৈ।

অদুনা মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়না নীংঙী, মাদুগী প্রমাণ্ডি শ্লোক অসিনি।

৬০—৬১। ব্রজসুন্দরীশিংতনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাঈনা হাঈনা খনবা নত্তে; মখোয়গী মনুংদা হিবম খুদিংদা খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপী শ্রীরাধিকা মাগী প্রেমগী থৌরীনা শ্রীকৃষ্ণবু পুন্দুনা থম্নিবা—মহাকসু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঈনা নীংঙী।

মখোয় ময়ামগী - শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী ব্রজগোপীশিংগী। অহেনবীনা—খ্বাইদগী থোই-দোক-হেন্দোকপীনা। প্রেমগী গুন্না - প্রেমগী থৌরীনা। পুন্দুনা থমই—মতম লৈবখিবিক্কা ফাজিন্দুনা থমই।

শ্লো। ১০। অন্বয়। হা নাথ (হা ইবুংঙো)! হা রমণ (হা নুংশিবা)! হা প্রেষ্ঠ (হা চাম্নথোইবা)! হা মহাভুজ (হা পান্থোম অচৌবা)! ক্ব (কদাইদা) অসি (লৈবগে)? ক্ব (কদাইদা) অসি (লৈবগে)? সখে (মরুপ)! কৃপণায়া; (তোল্লবী) দাস্যা: (ননাইগী—ননাই) মে (ঐবু) তে (নংগী) সন্নিধিং (নমাক্তা) দর্শয় (উহনবিয়ু)।

দ্বারকাতে রুক্মিণ্যাদি যতেক মহিষী।
তাঁহারাও আপনাকে মানে কৃষ্ণদাসী॥ ৬২

অর্থ :—

দ্বারকাদা রুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংস্থ।
মশানা কৃষ্ণগী মনাইনি থল্লী মথোঙ্গস্থ।। ৬২

তথাহি (ভা, ১০।৮৩।৮)-

চৈদ্যায় মার্পয়িতুমুদ্যত কার্ম্মুকেষু রাজস্বজেয়ভট-শেখরিতাঙ্ঘ্রি রেণুঃ।
নিন্যে মৃগেন্দ্র ইবা ভাগমজা বিমূথাৎ তচ্ছ্রীনিকেতচরণোহস্তু মমার্চ্চনায়॥ ১১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

অনুবাদ। হা নাথ! হা রমণ! হা চান্নথোইবা! হা মহাভুজ! নং কদাইদা লৈবগে? নং কদাইদা লৈবগে? হে মরুপ! নংগী ননাই তোল্লবী ঐবু নংগী নশক উহনবিয়ু (নংগী ননাক্তা পুবিয়ু)। ১০ ।

শরৎ ঋতুদা শান্নবা মহারাসতা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাবু লোইনরম্লগা মাঙথোকখয়ে; মতম খন্না মহাক্তা লোঙ্গননা বোন কোঙ্গমিন্নরম্লগা মতুংদা মাবু থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙথোকখরে, মাত্থদা প্রেমগী মেচাক্লা রাবনা খাঙবা ঙমদহুন. শ্রীরাধিকানা মথক্কী শ্লোক অসিনা রা ঙাংখি—শ্রীকৃষ্ণবু খল্লুবদা। হা—অরাবগী খুদম্নি। নাথ—ঙাকপীরিবা, ইবুংঙো। রমণ—মুংশিবা শান্নবা মপু. মুংঙাইবা পীবিবা। প্রেষ্ঠ—চান্নথোইবা। ক অসি—ঐবু হুন্দোকপীরগা নং নতোমদা কদাইদা লৈবগে? অনিরক হন্না হাঙ্গরিবা অসিনা খঙনরিবদি থৌরাংবা হেক্তিনবা অমস্থং উননীংবগী উৎকণ্ঠাবু খঙনৈ। সখে "নংগা লোঙ্গনবা ফংজহল্লম্লগা হৌজিক কদাইদা লৈখ্রবগে, মফম অদু ঐনা খঙবা ঙমদরে।" মতম অত্থদা য়াম্না তোম্বরকপগী ভাব অমা ওইরক্লুনা হাঙ্গরকই—"দাস্যাস্তে"—ঐদি নংগী ননাইনি, মরুপ ওইবদা মতিক চাদে; মাত্থদস্থ অমুক "কৃপণা" য়াম্না তোল্লবী য়াম্না রাজরবীনি, নংবু উদবদা রাবন খাঙবা ঙমদবা অসি কোকপা ইঙম ঙমদরে। শ্রীমতী রাধিকাস্থ মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অদু উহন্নীংহুনা শ্লোক অসি খেচ্চরি।

৬২। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংবগী রা হাঙ্গখ্রবনিনা হৌজিক্লা দ্বারকাগী ইবেম্মশিংগী মপুক্লিংস্থ মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অত্থী রা হাইজরি; শ্রীকৃষ্ণগী মুপীনি হাঙ্গহুনা মথোয়স্থ শ্রীকৃষ্ণগী মখা-হম্ববাশিংগী মহুং-চল্লী।

পয়ার অসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক উচ্চরি।

(শো। ১১। অন্বয়। মাং (ঐবু) চৈদ্যায় (শিশুপালদা—শিশুপালগী-মথুক্তা) অর্পয়িতুং (পীগে হাঙ্গবগীদমক) রাজসু (জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌ কাংবুনা) উদ্যতকার্ম্মুকেষু (লৌহং-

## গৌর-কৃপা-টীকা

তেন পাঙ্গরবদা ) অজেযভট শেখরিতাঙ্ঘ্রি রেণুঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াগী উযুলনা অকনবা থৌনাফবা নিংথৌশিং অতুগী মকোক্কী লৈতেং ওইরম্মী ) মৃগেন্দ্র ( নোংশা ) অজাবিয্ থাং ( হামেং অমসুং য়াওগী মরক্তগী ) ভাগং ইব ( মাগী শরুক লৌবগুম্না ) [ মাং ] ( ঐবু ) নিন্যে ( পুররুম্মী ), তচ্ছ্রীনিকেতচরণঃ ( ফজবগী তুংফম ওইবা মাগী চরণ ) মম ( ঐগী ) অর্চনায ( সেবাগীদমক, খুরুম্নবগীদমক ) অস্তু ( ওইজগে )।

অনুবাদ। শিশুপালগী মখুত্তা ঐবু ( রুক্মিণী দেবীবু ) পীগে হাঙ্গবগীদমক ( জরাসন্ধ-নচিংবা ) নিংথৌ পুম্নমক্না মখুত্তা লীরিং তেন পাঙ্গরবদা, অকনবা নিংথৌশিং অতুগী মকোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী খুযাগী উযুন থনম্মী হাঙ্গবদি মকোক্তা খোংপাক্লা নেৎতুনা অমসুং ইবুংঙো মহাক্না—হামেং অমসু যাওগী মরক্তগী নোংশানা মাগী চানবা শরুক লৌবজৌনা, ( অদুম ওইবা নিংথৌশিংগী মবক্তগী ) ঐবু ( হুবান্দুনা দ্বারকাদা ) পুরম্মী, অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবগী তুংফম ওইবা চব। অদুগী সেবা তৌতুনা ঐনা ( মতম কুইনা ) লৈজগে। ১১

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুগী শ্রীরুক্মিণী দেবীনা হাঙ্গবনি। শ্রীরুক্মিণীদেবীগী মযুনো মহাকপু শিশুপালদা লুহোংতুনা পীগে হাইনা নীংখি, তৌইশুনসুং রুক্মিণীনা লোম্না লাইরিক ইতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ্তা থরাই হকচাং কৎখি অমসুং মতম চানা লেংখিরতুনা খুদোং থীবদগী লাম্ভাকপীযু হাঙ্গতুনা চিঠি থাখি। মাতুগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা লেংলতুনা শ্রীরুক্মিণী দেবীবু পুতুনা চৎখিবা মতম অতুমক্তদা জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মথুত্তগী মুন্ননবগীদমক থৌরা তৌথি। শ্রীকৃষ্ণনা মথোঙ্গী পুম্নমক অতুবু মাইথীবা পীতুনা রুক্মিণী দেবীবু দ্বারকাদা পুখি। শ্লোক অসিদা, শ্রীরুক্মিণী দেবীনা লাইবক-ফবা অমসুং অতোনবনি হাঙ্গনা নীংজবা অতু ফোংদোক্লি।

চৈদ্যায—চৈদ্যগী মপু শিশুপালগা খুত্তা। অজেয়ভটশেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ—অজেয় ( জয় তৌবা ঙমদবা ) অকনবা ( ভট ) পুম্নমক, মখোয়গী শেখরিত ( কোক্কী লৈতেং ) অঙ্ঘ্রিরেণু ( খুযাগী উযুলনা ), কনাগুম্বা মী অমনা জয় তৌবা ঙমদবা করম্বা জরাসন্ধ-নচিংবা অকনবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগা লাল তৌনগদবগী থৌরাং তৌরম্মী, মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় অতুবু মাইথীবা পীতুনা খোংপাক্লা মখোয়গী মকোক্তা কাওরম্মী নেৎলম্মী ; মাদুদা ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াগী উযুল অতুনা কোক্কী লৈতেংগুম্না মখোয়গী মকোক্তা তারম্মী। নিন্যে -দ্বারকাদা পুতুনা চৎগে। জরাসন্ধনচিংববু মাইথীবা পীরগা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীবু দ্বারকাদা পুখরে। মতৌ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগা রুক্মিণীগা লুহোংগে হাঙ্গবা থক্তৈ, রুক্মিণীনা

তথাহি ( ভা, ১০ । ৮৩ । ১১ )—
তপশ্চরন্তি মাজ্ঞায় স্বপাদস্পর্শনাশয়া।
সখ্যোপেত্যাগ্রহীৎ পাণিং সাহং তদ্‌গৃহমার্জ্জনী ॥ ১২

## গৌর-কৃপা টীকা

উকাইদুনা লুহোংলে হায়বসি শেংনা হায়রমদ্রে। জরাসন্ধনচিংবগী মরক্তগী শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীবু মতৌ করম্না পুখিবগে ? মাদু হায়জরি। হামেং অমসুং য়াও শঙ্গু অমগী মরক্তগী লোংশোনা মানা অপাম্বা অমা খন্দুনা ইলাঙ-লাঙনা পুদুনা চংখিবগুম্বা, শ্রীকৃষ্ণসু জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংগী মরক্তগী ঐবু ( রুক্মিণীবু ) পুদুনা চংপনি। শ্রীরুক্মিণী দেবীনা হায়দি—শ্রীকৃষ্ণগী মথোং থম্বান অসি ঐগী পূজা তৌননবা পোং ওইজগে ; মাহে অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীরুক্মিণী দেবীগী পুক্নিংদা মনাইগী ভাব লৈবা অদু কোংদোকই।

শ্লো । ১২ । অন্বয়। স্বপাদ স্পর্শনাশযা ( ইবুংঙো মহাক্কী চরণ শোক্‌চগে হায়না নীংজবা ) যাং ( ঐবু ) তপশ্চরন্তীং ( তপস্যা তৌবী, লাই নীংবী ) আজ্ঞায় ( খঙলদুনা ) যঃ ( মহাক—শ্রীকৃষ্ণ ) সখ্যা ( মরূপ অর্জ্জুনগা লোয়ননা ) উপেত্য ( ঐগী ইকমদা-ইনাক্তা লাক্লুনা ), [ মম ] ঐগী পাণিং অগ্রহীৎ ( লৌখিরে ), অহং ( ঐদি ) তদ্‌গৃহমার্জ্জনী ( মাগী শ্রীকৃষ্ণগী—য়ুমগী রাইশিংপী ওইজবনি )।

অনুবাদ। অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অদুনা—ঐনা মাহাক্কী চরণ শোক্‌চবা ফংজগে হায়না লাইনীংজবা অদু খঙলদুনা মাগী মরূপ অর্জ্জুনগা লোয়ননা ঐগী ইনাক্তা লেংলক্লুনা ঐবু লৌখিররে, ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী য়ুমগী রাই-শিংপী ওইজবতনি ( তৌইগুম্বসুং ইবুংঙো মহাক্কী মুপী ওইবদি মতিক চাজদে )। ১২।

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুপী শ্রীকালিন্দী দেবীনা হায়বনি। মহাক অসি মুমিংকী মচা মুপীনি অমসুং যমুনাগী শেম্থি-শাবিবনি, শ্রীকৃষ্ণবু এপুবোইবা ওইবা ফংজনীংবদগী লাই-নীংঙী ( তপস্যা তৌই ), মুমিংনা ( সূর্য্যদেবনা ) যমুনাগী ঈশিং মনুংদা য়াংগিদমক কোন্নুং অমা শাবিদুনা লৈহনখি, মহাক্না মাদুদা লৈজরগা লাই নীংঙী। নোংমা মুমিং অমদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা শা-ভানবা ( মৃগয়া ) লাক্‌পদা কালিন্দী দেবীনা লৈরিবা যমুনাগী তোর্ব্বান্দা থুংলরে, মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা কালিন্দী দেবীবু উবা ফংলদুনা মহাক্কী মারী খঙননবগীদমক মহাক্কী মরূপ অর্জ্জুনবু কালিন্দীগী মনাক্তা থাজিল্লক্রে। অর্জ্জুন্না কালিন্দীগী মচিন্দগী মারী পূম্নমক খঙলদুনা শ্রীকৃষ্ণদা পাও তম্নরে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগা লোয়ননা কালিন্দীবু পুবক্লুনা অহানবদা হস্তিনাদা থুংলৈ,

তত্রৈব ( ১০ । ৮৩ । ৩৯ )—

আত্মারামস্য তস্যেমা বয়ং বৈ গৃহদাসিকাঃ।
সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যাদ্ধা তপসা চ বভূবিম ॥ ১৩ ॥

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুগী তুংদা দ্বারকাদা পুরক্লুনা হৌনবী মতুং ইল্লা লুহোংখি। শ্রীভা, ১০। ৫৮। অ )। স্বপাদ—স্পর্শনাশয়া—শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শোকচনীংহ্নুনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুন্নোইবা ওইজনীংহ্নুনা।

শ্লো। ১৩। অন্বয়। ইমাঃ ( অসি ) বয়ং ( ঐখোয়না ) বৈ সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যা ( সংসার-গী অপাস্বা পূম্নমক্ থাদোক্লুনা ) তপসা চ ( ইবুংঙোগী সেবা ফংনবা লাই নীংহ্নুনা ) আত্মারামস্য ( আত্মারামগী ) তস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) অদ্ধা ( সাক্ষাৎ তশেংনা গৃহদাসীকাঃ ( য়ুমগী মনাই ) বভূবিম ( ওইরে )

অনুবাদ। ঐখোয় পূম্নমক্লা ( শেন-থুম ইচানচিংবা ) মাযা সংসারগী অপাস্বা পূম্নমক থাদোক্লুনা, কৃষ্ণগী ম-াই ওইজগে হাঙ্গনা তপস্যা তৌজবনা ( লাই নীংজবনা ) অহুম ওইবা আত্মারাম শ্রীভগবানগী য়ুমগী মনাই ওইবা ফংজরে। ১৩।

শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণগী নুপী শ্রীলক্ষ্মণা দেবীন হাঙ্গবনি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লুহোংবা ফংজবগী ৱারী অহু দ্রৌপদী দেবীদা শংদোক্লা তমজরুবদা খজিক্তং ইকাইবা ফংলম্মী, মতম অহুদা মাগী মচে শ্রীরুক্মিণী নচিংবনা হরাওনবগীদমক মহাক মশাগী ৱাদি লোত্তুনা থম্নগা শ্লোক অসিদা মখোয নুপী নিপাম্না শ্রীকৃষ্ণদা মনাই ওইবা ফংজবগী লাইবক ফবা ফংবা অহু ফোংদোক্লম্মী।

কম্ম ময়েং তারকপদা ( কল্পাক্ষয়ে ) নুমিৎ গ্রহণ ( সূর্য্যগ্রহণ —উপলক্ষদা ) থোকপদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাগী মরুপশিংগা লোইননা কুরুক্ষেত্রদা চৎলম্মী, মতম অহুদা ব্রজবাসীশিংসু মফম অহুদা চৎলম্মী অমস্তুং যুধিষ্ঠিরনচিংবসু চৎলম্মী. দ্রৌপদী দেবীসু যাওরম্মী। নোংমদি দ্রৌপদী দেবীগা শ্রীকৃষ্ণগী নুপী-শিংগা তিম্নবদা শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ করম্না মখোয় খুদিংমকপু লুহোংলম্বগে হাঙ্গবা অহু, মখোয়গী মচিন্দগী তোঙান-তোঙান্না তানীংহ্নুনা মরী-মখোং হংলম্মী, মাহুদা কৃষ্ণগী নুপীশিংনা ফোংদোক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিহ্নুনা মখোয় ময়াম্বু লুহোংলবসু মখোয় খুদিংমকী থম্মোইদদি কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা খনবনা নম্মী, ভাব অসি মখোয় খুদিংমক্না হাঙ্গদোক্নকপদা তশেংনা ফোংদোরক্লবনি।

আনের কি কথা, বলদেব মহাশয়।
যাঁর ভাব শুদ্ধসখ্য বাৎসল্যাদিময়॥ ৬৩
তেঁহো আপনাকে করেন দাস ভাবনা।
কৃষ্ণদাস ভাব বিনু আছে কোন জনা॥ ৬৪

অর্থ :—

অতৈগী রাদি থমখিসি বলদেব মক্লা।
অশেংবা মরুপ বাৎসল্য-প্রেম চেনবা ফাওবনা॥ ৬৩
মনাইনি হাঙ্গনা খল্লবদা মহাক মশা ফাওবা।
করম্না মী লৈবগে কৃষ্ণমনাই নত্তবা?॥ ৬৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

ইয়া বয়ং—ঐখোয় পুম্নমক্লা; রুক্মিণী, সত্যভামা, জাম্বুবতী, কালিন্দী, ভদ্রা, সত্যা, মিত্রবিন্দা অমসুং লক্ষ্মণা- শ্রীকৃষ্ণগী মুপী নীপান অসিবু "ইমা" শব্দনা খণ্ডনৈ। সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্তা শেন-থুম, ইচা ইশুনচিংবা পুম্নমক অদু থাদোক্লুনা। মখোয় অদুনা সংসারগী বিষয় পুম্নমক্তগী পুক্লিংবু চিংখিগুনা শ্রীকৃষ্ণ সেবাদা মপুং ফানা পুক্লিং চংঙী। তপসা—তপস্যা তৌদুনা; শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অসি মখোয়গী মহৌসাগী মশাগী ধর্ম্মনি।

আত্মারামস্য—আত্মারাম শ্রীকৃষ্ণগী। "শ্রীকৃষ্ণ আত্মারামদি - মুংঙাইবনা থল্লী হায়দুনা মশা মতোমতনা অদুম পেঙ্গবা ঙম্মী; মহাক্কী মুংঙাইনবগীদমক মপান্দগী কনাদগীনু নপচক্লনবগী মথৌ লৈতে; ফিবম অসিদা ঐখোয়বু মহাক্না য়াবিবিবা অসিদি—ঐখোয়দা মহাক্না চানবিবা উৎপগী খুদম্নি।" য়া অসি শ্রীলক্ষ্মনা দেবীনা অতোনবা উচ্চনি; শ্রীকৃষ্ণগী মুপীশিংদি মহৌশানা স্বরূপ শক্তিনি হাঙ্গদুনা শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পা অমা নত্তে; মবম অদুনা মহাক্না মপুং ফাবা (পূর্ণ) ওইরবসু মখোঙ্গগা লোঙ্গননা শান্নৈ। ময়ামগা শান্নবা অসিদা ইবুংঙো মহাক্কী আত্মারাম ওইবা অদুদগী ময়েং তাথরকপা লৈতে।

গৃহদাসিকা—(দাসী - শব্দদা 'ক' প্রত্যয় তৌরগা); গৃহসম্মার্জ্জনাদিকারিণী (য়ুম্নগী য়াই-য়ম শেংবী অতোনবী মীনাইমুবীগী অর্থ ওই); অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মুপী ওইবদি মৃত্তিক চাদে হাঙ্গজবতনি।

পয়ার ৬২ দা "রুক্মিণীনচিংবী" হাঙ্গখিবদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী মুপীশিংনা : শা-মশানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী; মাদুগী প্রমাণ ওইনবা শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক উহল্লরে—শ্রীরুক্মিণী দেবী, শ্রীকালিন্দী দেবী, শ্রীলক্ষ্মণা দেবীগী ··য়াহৈ য়াঙাংদা অথোইবা মুপী নীপান মক্লা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী হাঙ্গখরে।

৬৩ ৬৪। পয়ার ৫১—৬১ দা ব্রজগী লোঙ্গনবশিং অমসুং পয়ার ৬২ দা দ্বারকাগী লোঙ্গনবগী মসুংচনবা মুপী ইবেম্মশিংনা কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা থল্লী (নীংঙী) হাঙ্গবদু উহল্লখ্রে, হৌজিক শ্রীবলদেবনা মনাইনি হাঙ্গনা নীংবা অদু উহল্লরি।

সহস্রবদনে যেঁহো শেষ শঙ্কর্ষণ।
দশ দেহ ধরি করেন কৃষ্ণের সেবন॥ ৬৫

**অর্থ :—**

মাইথোং লিশিং অমা পানবা শেষ সঙ্কর্ষণনা।
কৃষ্ণ সেবা তৌই হকচাং তরা পুখোক্লনা॥ ৬৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীরুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মুপীনি হাঙনা নীংলগা অমসুং মপুরোইবগী সেবানা মুপীগী তৌকম থোকপা মথৌনি হাঙনা নীংলগা মথোয়গী খমোয়দা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা খঞবা অদু ওইথোকপা নত্তে অদুমনি; তৌইগুম্বসুং শ্রীবলদেব—শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বুনি হাঙইনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশিবা অদু ঐশ্বর্য্য জ্ঞান য়াওখিদরে, অশেংবা বাৎসল্য ( মচানা মুংশিবা ) অমসুং অশেংবা মকপ্না মুংশিবদৌনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশিখবে, অদুম ওইবা শ্রীবলদেব ফাওবসু মহাক মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা খঞবা মতম অসিদা কনাগুম্বা ঐশ্বর্য্য জ্ঞান চেনবা মখোয়সু মশা অদু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা শোইদনা খল্লগনি, মাসিদা করি চিংননীংঙাই লৈবগে?

অশেংবা মরূপ—ঐশ্বর্য্য জ্ঞান য়াওদবা মমান্নবা, মাম্লৈ হাঙনা খনবা। বাৎসল্য প্রেম চেনবা—ঐশ্বর্য্য জ্ঞান যাওদবা অশেংবা মচাদা মুংশিবা। মনাওগী মরুপদা মমান্নুনা মুংশিবা অসি বাসল্য প্রেমগুম্বা বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা মুংশি; অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা মহাক্না মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী মমান্নবনি হাঙনসু খল্লী। থাজৈশেংবদি, মহাকী ভাব অসি অয়ানবা অশেংবা মরূপকী ভাবনি। মনাইনি হাঙনা খল্লবদা—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা পুক্নিংনা নীংলবদা। শ্রীবলদেবনা মনাইনি হাঙনা খনবা অসি শ্রী, ভা, ১০।১৩।৩৭ শ্লোক্না প্রমাণ ওইরি "প্রায়ো মায়াস্তু মে ভর্ত্তুঃ:—মাযা অসি ঐগী প্রভু শ্রীকৃষ্ণকীনি—রাহৈ অসিদা "ভর্ত্তুঃ" শব্দ অসিনা খওরিবদি শ্রীকৃষ্ণবু মাগী "ভর্ত্তা—মবুংগো, প্রভু" মি হাঙনা খওনরে, মরম অদুনা বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা খনবা অদু প্রমাণ ওইরে। পয়ার ১।৫।১১৮—২০ গী টীকাদা য়েংবিয়ু। কৃষ্ণ মনাই নত্তবা—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙনা খল্লবা মী কনা অমত্তা লৈতে। রাহৈ অসিগী খুদম খজিক্তং পয়ার ৬৫—৬৮ দা উচ্চরি।

৬৫। অনন্ত দেবনা ( পাখংবনা ) কৃষ্ণ মনাইনি হাঙনা নীংবগী রার হাঙজরি। ১।৫।১০০—১০৭ পয়ারদা য়েংবিয়ু। হকচাং তরা—১। ছত্র, ২। খুরুম, ৩। কম্বল, ৪। কোল্লা থাক্তনবা মোন, ৫। ফি, ৬। ইংখোন, ( লৈজোন ), ৭। মুক্ত ৮। নক্রা

অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডে রুদ্র—সদাশিবের অংশ।
গুণাবতার তেঁহো সর্ব্ব অবতংস।। ৬৬
তেঁহো যে করেন কৃষ্ণের দাস্য প্রত্যাশ।
নিরন্তর কহে শিব মুঞি কৃষ্ণদাস।। ৬৭
কৃষ্ণ প্রেমে উন্মত্ত বিহ্বল দিগম্বর।
কৃষ্ণগুণ লীলা গায় নাচে নিরন্তর।। ৬৮

অর্থ :—

ব্রহ্মাণ্ডগী রুদ্র সদাশিবগী অংশনি।
মহাক গুণাবতারনি খ্বাইদগী অহেনবনি।। ৬৬
মহাকসু কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংবনি।
শিবনা তৎতনা হাঙ্গিরি ঐ কৃষ্ণ মনাইনি।। ৬৭
কৃষ্ণ প্রেমদা ভাওত্না জগোঈ শাই দিগম্বরনা।
কৃষ্ণগুণ লীলা শকই জগোই শাই তৎতনা।। ৬৮

## গৌর-কৃপা-টীকা

(যজ্ঞ সূত্র), ৯। ফিদা অমসুং ১০। মকোক্তা পৃথিবীবু পুরিবা শেষ, মশক তরা অসি পুথোত্না পাখংবনা (অনন্তদেবনা) শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌই। পযার ১।৫।১০৬–১০৭ তা য়েংবিয়ু।

৬৬। গুণাবতার-রুদ্রদেবনা (শিব-না) কৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নীংবগী রা হাঙ্গজবি। রুদ্র—রুদ্র তরামাথোইনি। শিব সদাশিব—মহাক শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস মূর্ত্তিনি, পরব্যোমগী মন্নুংচনবা শিবলোক্তা মহাক নিতিনা লৈ, ইবুংঙো মহাক নিগুণনি। অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডদা অনন্ত (মশিং থীবা ঙমদবা) রুদ্র লৈ, মখোয খুদিংমক সদাশিবগী অংশনি; খুদিংমক সগুণ-নি (গুণ যাওবা)। সদাশিবগী অংশনা তমোগুণবু যাত্না গুণাবতার ওইত্না জগত্তা অবতার তৌই, মহাক অদুবু রুদ্র নত্রগা শিব কৌই, শিব অমসুং রুদ্রনা জগৎ মাঙহন্নবগী মপুনি। "তমোগুণেন শিবঃ সংহার কর্ত্তা। শদাশিবঃ স্বয়ং রূপাঙ্গবিশেষ—স্বরূপো নিগুর্ণঃ সঃ শিবস্যাংশী। ভাগবতামৃত কণা।। ৬।"

৬৭—৬৮। শিব-না শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হাঙ্গনা নংঙী—শ্রীকৃষ্ণগী ভজন পামজে, শ্রীমদভাগবতকী শ্লোক্কী মাদু খঙবা ঙম্মা। "ভজে ভজেন্যারণপাদ পঙ্কজং ভগস্য কৃৎস্নস্য পরং পরায়নম।৫।১৭।১৮।। সঙ্কর্ষণ স্তব লাই রক্তা শ্রীশিব না হায়নি—হে ভজনীয়। ঐনা নংবু নীংজরি, ইবুংঙো নংগী নখোং থম্বান্দা পুম্নমক্কী চংজফম ওই, নংঙোন্দা ঐশ্বর্য্য তক্কসু চংজফম ওই।" দিগম্বরনা—শিবনা, নত্রগা ফি য়াওদবা (শেংতবা), শ্রীশিব-না কৃষ্ণ প্রেমদা ভাওত্না জগোই অসুম অসুম শারকৃপদা ফি নাম্থখিবা খঙদে। ১।৬।৪৩ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

পিতা মাতা-গুরু সখা ভাব কেনে নয়।
প্রেমের স্বভাবে দাস্যভাবে সে করয়॥ ৬৯
এক কৃষ্ণ সর্ব্ব সেব্য জগত ঈশ্বর।
আর যত সব তাঁর সেবকানুচর॥ ৭০
সেই কৃষ্ণ অবতীর্ণ চৈতন্য ঈশ্বর।
অতএব আর সব তাঁহার কিঙ্কর॥ ৭১

অর্থ :—

মপা-মমা-গুরু-মরূপ ভাব লৈবা ভক্তবুনা।
মনাইনি হাঙনা নীংহল্লী প্রেমগী স্বভাবনা॥ ৬৯
খুাইগী সেবা তৌফম জগৎ ঈশ্বরদি কৃষ্ণতনি।
অতৈ পুন্নমক্তি মহাক্কী মনাই ওাক্তনি॥ ৭০
অদুম ওইবা কৃষ্ণ'দুনা—চৈতন্য ঈশ্বর ওইরে।
মরম'দুনা অতৈ ময়াম মাগী মনাই ওইরে॥ ৭১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৬৯। ভক্তগী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণগী মপানি হাঙনা নীংজবা ( মাদুদি শ্রীনন্দ মহারাজ ), মমানি হাঙনা নীংজবা ( শ্রীযশোদা দেবী ), গুরুনি হাঙনা নীংজবা ( শ্রীউপনন্দ—মচিংবা ), মরূপনি হাঙনা নীংজবা ( শ্রীসুবলনচিংববু ) করিগুম্বা ভাব অমা নীংজরবসু শ্রীকৃষ্ণপ্রেমগী স্বভাবনা, শ্রীকৃষ্ণগী মনাঈনি হাঙনা হিরম খুদিংমক্তা খলহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনগে, পেলহনগে হাঙনা মখোঙ্গ অদুগী থমোইদা খলহল্লী। পযার ৪৯ দা হাঙখিবা "কৃষ্ণ প্রেমগী" নচিংবগী অর্থ পয়ার অসিদা লোইশিনজরে।

৭০। মী খুদিংমক্কী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবগী ভাব পোক্লিবা করি মরমগীনো মাদুগী মরম হাঙজরি। শ্রীকৃষ্ণদি জগতকী ঈশ্বরনি, পুন্নমক্কী ঈশ্বরনি ; সেবা তৌফম থোকপদি মহাক্তনি, পুন্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী মনাইনি, ( সেবক্লি ) ; সেবক (মনাই) ওইরবসু ইবুংঙোবু অঙকপা কংনা সেবা তৌবা য়াননবগী মরমদা কনানা মপা; কনানা মমানচিংবগী ভাব পোক্লনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগী মরমদা সেবা পাঙথোকই। পুন্নমক অসি হৌকমদদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওাক্তা ওইবনিনা, অনীংবা অমা নীংলবসু পুন্নমক্কী থমোইদা মনাইনি হাঙনা খনবা অসিনা অকনবা অমা ওইরকই।

৭১। অদুন ওইবা পুন্নমক্কী সেবা তৌফম ওইবা কৃষ্ণ অদুনা শ্রীচৈতন্য ওইদুনা অবতার তৌরে ; মরম অদুনা শ্রীচৈতন্যসু পুন্নমক্কী ঈশ্বরনি, পুন্নমক্কী সেবা তৌফম্নি— পুন্নমক ইবুংঙো মাগী মনাইনি ( সেবক্লি )।

কেহ মানে কেহ না মানে, সব তাঁর দাস।
যে না মানে তার হয় সেই পাপে নাশ॥ ৭২

অর্থ :—

থাজবা-থাজদনা পূম্নমক মাগী মনাহনি।
মাবু থাজদবা মীদি পাপ্না মাঙজবনি॥ ৭২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭২। মপা-মমা ওইরিবা অহুবু—কনাগুম্বা মচা অমনা থাজদ্রবস্থু মপা অহুদি মহৌ-শাদগী অমুক হোংবা য়াদরে, মপা অহুনা মচা অহুগী মরমদা অতোপ্পা অমা ওইবা য়াদরে, ময়াম্বা মথুয়া য়োমদা ওম্মোকপা যাদয়ে, ওম্মোকপা ভুমস্থু ভম্লোই অমস্নং মচা অহুস্থু মপা অহুগী মচানি হায়বা নত্তুনা অতোপ্পা মপা অমনা পোকপসি হাঙ্গবা ভম্লোই, অমস্নং মচা অহুস্থু মপা অহুগী মচানি হাঙ্গবা নত্তুনা অতোপ্পা মপা অমনা পোকপনি হাঙ্গবা ভম্লোই, মপাগা মচাগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি, ঈ তিম্নরিবা অসি অমুক হোংদোকপা য়াদরে। অহুগুমহুনা, শ্রীকৃষ্ণদি (অমদি, শ্রীচৈতন্য) জগতকী মক্ক ওইবনি, পূম্নমক্কা সেবা তৌফম থোকপনি অমস্থু মক্কদা পূম্নমক অসি মাগী মনাইনি—কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু (অমদি শ্রীচৈতন্যবু) সেবা তৌফম থোকপা অসিবু যানীংদ্রবস্থ, মহাক অহু শ্রীকৃষ্ণগী (অমদি শ্রীচৈতন্যগী) মনাইনি অমস্থু শ্রীকৃষ্ণ (অমদি শ্রীচৈতন্য) অস মহাকী প্রভু মবুংঙো ওইহুনা অহুম লৈগনি, মপুগা মনাইগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী ওহু মাঙহনবা ভম্লোই—মরমদি হৌরকপদা মরী ওইহুনা লাক্লবননি। মী হহুনা থাজরবস্থু মাগী প্রভু শ্রীকৃষ্ণ (অমদি শ্রীচৈতন্য) নি, থাজদ্রবস্থু মাগী প্রভু শ্রীকৃষ্ণ (অমদি শ্রীচৈতন্য) নি তৌইগুম্বস্নং থাজদবাশিং অহুগীদি পাপ অমা চংঙী, অহুন ওইবা পাপ অহুনা মহাকপু পুম-মাঙ মাঙহল্লী লৈখা তাহল্লী, সংসারগী অবাবা কোক্লবা পাম্বে লৈরক্কে। "যঃ এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম। ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদভ্রষ্টঃ পতন্ত্যধঃ। শ্রীভা, ১১।৫।৩॥ অহুম ওইবা মী অহুনা মহাকী তৌবকফম মক্ক ওইবা ঈশ্বরবু নীংদ্রবদি, থাজদ্রবদি মানা হৌজিক লৈজবিবা ফিবম অহুদগা লৈথা তরকই ময়েং তারকই, সংসারগী অম্লাবা অহু অস্নুম অস্নুম হেম্ভিল্লকই। (চক্রবর্ত্তী)।"

ঈশ্বরজু থাজদে হাঙ্গরিবা মথোয়শিং অহু—বিচার তৌহুনা য়েংলবদি খঙবা ঙমগনি, মথোয়গু থাঙ্গেশেংবদি ঈশ্বরবু থাজবনি, নীংবনি, অহুবু থাজে হাঙ্গবা য়া অসি মথোএনা

## গৌর-কৃপা-টীকা

খণ্ডজবা ওমজদে। অতৈ অতোপ্পা মীগী মতৌগুম্না মখোয়স্নু হিংননবা, মতম কুইনা মখোয়গী হকচাং অহু ওাক্লনবা, হকচাং অহুত্তা নত্তনা হকচাংদা লৈরিবা জীবগী থরাইগী মতম কুইনা হিংননবা মখোয়স্নু নীংজবনি মতম কুইনা অন্না-অনা লৈতনা নুংঙাইবগা লোইননা। অতোপ্পগী মতৌগুম্না মখোয়স্নু ফজনীংবনি, মঙ্গল ওইজনীংবনি, নুংঙাইজনীং-বনি, ফজবা পোৎ পামই, অতোপ্পা মীনা নুংশিহনবস্নু পামই, অতোপ্পবু নুংশিবস্নু পামই। ঈশ্বর থাজদবশিংনা মতম কুইনা নুংঙাইনা নীংবা থুংনা হিংহনা লৈননবগী রাথন্দা—অরেপ্পা অফবা (নিত্য-সত্তা) অরেপ্পা জ্ঞান ( নিত্যচিৎ = চেতন ) অরেপ্পা নুংঙাইবা ( নিত্য আনন্দ ) ফংননবা নীংবা নত্তনা অতৈ করিস্নু নীংবা লৈতে; তৌইগুম্বস্নুং অহুম ওইবা অরেপ্পা অফবা অরেপ্পা জ্ঞান অমস্নুং অরেপ্পা নুংঙাইবা অহুদি অহুম ওইবা স্বচ্চিদানন্দ ( নুংঙাইহুনত্তা লৈবা ) ঈশ্বর নত্তনা অতৈ কদাইদস্নু লৈতে। মরম অসিনা মখোয়না মখোয়গী মপুক্লিংদদি ঈশ্বরবুদি পাম্লি—অহুনা ঈশ্বব লৈ হাঙ্গবস্নু য়াবি। অহুগা ফজব মঙ্গোল অমস্নুং নুংঙাইবা অপেনবা ফংনীংবা অহুনস্নু—ঈশ্বরবু পাম্লি হাঙ্গবা তাকপনি; মরম অহুনা ইবুংঙো মহাক লৈ হাঙ্গনা লৌরি, মরমদি ঈশ্বরতনা ফজবা পূম্নমক্কী মকোক্লি, ঈশ্বরতনা অথোইবা মঙ্গলনি; ফজবা, পাঙ্গল কনবা, পুন্সিবা পাম্বা মীনবু ঈশ্বরবু থাজদবা পামদবা হৌনবরা? মরমদি ঈশ্বরদা হাঙ্গরিবা পূম্নমক অসি মপুং ফানা লৈবনি। করিগুম্বা পোৎ অমগী মচেৎ অমা ফংবদগী মপুং ফারা অমা ফংবনা হেন্না ফৈ। ঈশ্বরদি "সত্যং শিবং ( মঙ্গলং ) সুন্দরম," মহাক্তি প্রেমগী মশক ওইবা হকচাংনি। কনাগুম্বা অমনা অস্থুম্না হাঙ্গবা থোক্লবদি - "ঐগী ইমাদি অখুংবীনি, অহু ওইববদি—মহাক্কী রাঙাং অহুনা মাগী মমানা অখুংবী ওই হাঙ্গবসি মীনম্বা রানি অমস্নুং মহাক্না অখুংবীগী অর্থস্নু খণ্ডত্রে, মত্তৌ অহুগুম্না কনাগুম্বনা "ঐ ঈশ্বর থাজদে" হাঙ্গববদি মখোয়গী লমচৎ অহুনা মখোয়না ঙাংলিবা রাঙাং অহু মীনম্বনি হাঙ্গবা প্রমাণ ওইবে, অহুবু মখোয়না ঙাংলিবা মীনম্বা রা অহু মখোয়না ভাব তাবা ওমজদে।

জীব-না পাম্লিবা পূম্নমক অসিদি, থাঙ্গেশেংবা জীবগী মশক্না পাম্লিবা অসিদি—ঈশ্বরবু পাম্বনি। তৌইগুম্বস্নুং জীবগী মশক-অশেংবা জীব অহুদি মায়ানা = হকচাংগী লাং ( লাংগী মশক ওইবা হকচাং ) না ফাজিন্দুনা থমথরে; হকচাংলাং নত্তনা অতৈ করি অমতা খণ্ডথিদরে। মরম অহুনা পুক্লিংনা নীংঙি-পাম্লিবা পূম্নমক অসি হকচাংনা পাম্বনি; হকচাংদি শিনা নাইরিবনি ( অমাঙবা লৈবনি ), অহুনা শিবা নাইবা পোৎ

চৈতন্যের দাস মুঞি চৈতন্যের দাস।
চৈতন্যের দাস মুঞি তাঁর দাসের দাস॥ ৭৩

অর্থ:—

ঐ চৈতন্যগী মনাইনি ময়ামশু মনাইনি।
ঐ চৈতন্যগী মনাইগী নাইথাং মনাইনি॥ ৭৩

---

## গৌর-কৃপা টীকা

নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কবিমতনা হকচাংবু পেলহনবা ওমদে। মরম অদুনা ঐখোযগুম্বগী হকচাং-লাংদা লৈরিবা জীব অসিদা অচম্বা পোৎ শিবা-নাইবা পোৎ পীদুনা হকচাংনা পাম্বা কোক্লনবা হোৎননীংঙী, অচম্বা রূপ (শক), রস (মহাও), গন্ধ (মনম), গোকপা (স্পর্শ) অমসুং খোঞ্জেন (শব্দ) থিবদা, ফংনবা হোৎনবদা থবক চিনথরে। তৌইগুম্বসুং পূম্নমক অদু ফংলবসু হকচাংনা খোবাংবদি ফবা লৈতে; মরমদি, খোৱাংলিবা অদু দি থাঙ্গেশেংবা হকচাংনা খোৱাংবা নত্তে, জীবগী মশক (স্বরূপ) খোৱাংবনি, খোবাং-লিবা পোৎ অদুসু অচম্বা পোৎ রূপ-রস-নচিংবগীদমক খোৱাংবা নত্তে, খোৱাংলিবা অদু রসামৃতমূর্ত্তি শ্রীভগবানবু খোৱাংবনি। অসি ফাওবা ঐখোয়না রা খঙবা ওমত্রবদি ঐখোযগী অপাম্বা কোক্লরোই—চেম্থোক-চেঙ্খিন তৌবগী পোথাবা লৈরোই। খোইহী পাম্বা খোইমুনা খোইহী লৈতবা লৈগী মনম তাবগা কোইথি থি; খোইহী লৈবা লৈ অদু ফংত্রিব ফাওবা কোইপাই পইদুনা থিবগী পোথাব লৈতে, থিবা অদুনা মরু ওইদুনা অদুম লৈরে! ঐখোয়সু ঐখোযনা পাম্লিব পোৎ খোইহাগুম্ব শ্রীভগবান অদু ফংবা মতমদা চেম্থোক চিঙ্খিন তৌবিগা অসি কোক্লান পোথাবগনি। মবম অদুনা ভগবান ফংনবগী দমক সাধন তৌবা তাই। সাধন (হোৎনব) য ওদন "গৌনতন থাজবা" নত্রগা বিচাববুদ্ধতনা থাজবা অদুনদি কবিসু কাম্নরোই। ঐনা চিনাব তৌবদা সন্দেশকী অথুম্বা অদু খঙবা ওম্নবদি সন্দেশকী থাঙ্গেশেংবা অথুম্বা অদু চারবোই সন্দেশ চানাংবগী খোবাংবা অদুসু পেনবা ওম্নরোই।

৭৩। শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গৈরি—"পূম্নমক অসি শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি, ঐসু মহাক্কী মনাইনি।" অত্তোনবা ফোংদোকপগা লোঙ্গৈননা অমুক্কা হাঙ্গৈবি—"ঐ চৈতন্যগী মনাইনি ইবুংঙো মহাক্কী মনাইগী মনাইনি।" থব কল্সিনবা খওননবগীদমক হন্না হন্না হাঙ্গৈবনি। মনাইগী নাইথাং মনাইনি শ্রীচৈতন্যগী মনাইদি শ্রীনিত্যানন্দনি মহাক্কী অংশ (সেবক) না শ্রীসঙ্কর্ষণ-নি, সঙ্কর্ষণগী অংশ (সেবক) না শ্রীমহাবিষ্ণুনি, মহাবিষ্ণুগী অবতারনা শ্রীঅদ্বৈতনি; মরম অসিনা অদ্বৈতদি শ্রীকৃষ্ণগী (শ্রীচৈতন্যগী) মনাইগী মনাইনি। পয়ার ৪৮—৭৩ শ্রীঅদ্বৈতনা হাঙ্গৈবনি।

এত বলি নাচে গায় হুঙ্কার গম্ভীর।
ক্ষনেকে বসিলাচার্য্য হইয়া সুস্থির॥ ৭৪
ভক্ত অভিমান মূল শ্রীবলরামে।
সেই ভাবে অনুগত তাঁর অংশগণে॥ ৭৫
তাঁর অবতার এক শ্রীসঙ্কর্ষণ।
ভক্ত করি অভিমান করে সর্ব্বক্ষণ॥ ৭৬
তাঁর অবতার এক শ্রীযুক্ত লক্ষণ।
শ্রীরামের দাস্য তেঁহো কৈল অনুক্ষণ॥ ৭৭
সঙ্কর্ষণ-অবতার কারণাব্ধিশায়ী।
তাঁহার হৃদয়ে ভক্ত ভাব অনুযায়ী॥ ৭৮
তাঁহার প্রকাশ ভেদ অদ্বৈত আচার্য্য।
কায়মনোবাক্যে তাঁর ভক্তি সদা কার্য্য॥ ৭৯

অর্থ :—

অসি হাঙৈদুনা জগোই ইশৈ লাউদুনা শকই।
ভাইহাক লৈরগা অদ্বৈত তুমিন্না পোথাই॥ ৭৪
ভক্তনি হাঙৈনা নীংবসি বলরাম্না মরূনি।
মাগী অংশশিংনা ভাব অদুগী তুংইনবনি॥ ৭৫
মহাক্কী অবতার অমদি সঙ্কর্ষণনি।
মিকুপ খুদিংগী 'ভক্ত' নি হাঙৈনা নীংলিবনি॥ ৭৬
মাগী অবতার অমদি—শ্রীযুক্ত লক্ষ্মণনি।
শ্রীরামগী মনাইনি মহাক্ত তুংইল্লিবনি॥ ৭৭
কারণাব্ধিশায়ীদি শঙ্কর্ষণ অবতারনি।
মহাক্কী থমোইদি ভক্ত ভাবকী তুংইনবনি॥ ৭৮
কারণাব্ধিশায়ীনা শ্রীঅদ্বৈত ওইবনি।
পুক্নি' য়ুংনা ভক্তি তৌবনা, মাগী মথৌনি॥ ৭৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭৪। পয়ার অসিদগী অরোইবা ফাওবা গ্রন্থকার লাইরিক লেংলিবা কবিরাজ গোস্বামীনা হাঙৈবনি। শকই—নাম লীলানচিংবা ইশৈ শকই। লাউদুনা—প্রেমগা লোঙৈননা লাউদুনা, প্রাণ গৌরহরি হাঙৈনা লাউবা।

৭৫। শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি হাঙৈনা নীংবগী মরম হাঙৈজরি। ভক্তনি হাঙৈনা নীংবগী মমুংদা শ্রীবলরামনা মরূনি; অংশীগী গুণ অদু অংশদা লৈ হাঙৈদুনা শ্রীবলরামদা লৈবা রাথন—ভক্তনি হাঙৈনা নীংবা অদু ইবুংঙো মহাক্কী অংশ অমসুং অংশগী অংশদসু লৈ; শ্রীঅদ্বৈতদি বলরামগী অংশগী অংশনি হাঙৈদুনা শ্রীঅদ্বৈতসু ভক্তনি হাঙৈনা নীংঙী। মরূনি—মকোক্নি।

বাক্যে কহে—'মুঞি চৈতন্যের অনুচর'।
'মুঞি তাঁর ভক্ত'—মনে ভাবে নিরন্তর॥ ৮০
জল তুলসী দিয়ে করে কায়েতে সেবন।
ভক্তি প্রচারিয়া সব তারিলা ভুবন॥ ৮১
পৃথিবী ধরেন যেই সেই শেষ সঙ্কর্ষণ।
কায়ব্যূহ করি করেন কৃষ্ণের সেবন॥ ৮২

অর্থ ঃ—

ৱাহৈনা হাঈ—'ঐদি চৈতন্যগী থৌগল্লোঈনি'।
'ঐ মাগী ভক্তনি' পুক্লিংদা তত্তনা নীংবনি॥ ৮০
হকচাংনা সেবা তৌই ঈশিং তুলসী য়াওনা।
জগৎ পুম্নমকপু লানবি ভক্তি শন্দোকুনা॥ ৮১
পৃথিবী পুরি অদুম ওইবা শেষ সঙ্কর্ষণনা।
কৃষ্ণ সেবা তৌজরি হকচাং কুয়োম ওইনা॥ ৮২

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৭৬—৭৯। **শ্রীবলরামগী অংশ কনা কনানো অমসুং মখোয়গী তাকনা করম তৌবনো, মাহ্ন হাঈজরি।** শ্রীসঙ্কর্ষণ অসি বলরামগী অবতারগী মশক ওইবা অংশ অমনি; মহাক্কী অতোপ্পা অবতারগী মশক ওইবা অংশ অমনা শ্রীলক্ষ্মণনি। সঙ্কর্ষণগী অবতারগী মশক ওইবা অংশনা কারণাব্ধিশায়ী নারায়ণ-নি অমসুং শ্রীঅদ্বৈতদি কারণার্ণবশায়ীনা ওনবনি; আবির্ভাব মথল অমনি; মখোয় পুম্নমক শ্রীবলরামগী অংশাংশনচিংবনি হাঈদুনা বলরামা ভক্তনি হাঈনা নীংবা অদুগুম্না মখোয়স্ন নীংঙী।

ভক্তনি হাঈনা নীংবা অসিনা, শ্রীঅদ্বৈতনা মতম লৈবা থিবিক্তা থরাই য়াওনা ভক্তিগী থবক্তা তৌদুনা লৈ।

৮০—৮১। শ্রীঅদ্বৈতনা হকচাং পুক্লি, ৱাহৈনা সেবাগী ময়ম পীরি। মহাক্না হাঈরি—"ঐ শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি হাঈবদি থৌগল্লোঈনি"।—মাসনা চীঙ্গা হাঈবা ভক্তিগী ৱানি। মহাক্না মতম লৈবা থিবিক্তা পুক্লিংনা নীংঙী—"ঐ চৈতন্যগী ভক্তনি অমদি মনাইনি।"—মাসিনা পুক্লিংগী ভক্তিনি। অদুগা হকচাংনা ঈশিং-তুলসী নচিংবা পোৎ থিবিক য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই, মাসিনা হকচাংগী ভক্তিনি। অদুগা ভক্তি ধর্ম শন্দোকুনা জগৎপু লানবিরি—অদুম ওইবা ভক্তি অসি শন্দোকপদা হকচাং, মন (পুক্লিং) অমসুং ৱাহৈ অদুম চংঙী।

৮২। **শ্রীসঙ্কর্ষণ-নচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিনি অদুগুমদুনা পৃথিবীবু পুরিবা শেষসু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনি;** মহাকসু শ্রীবলদেবগী অংশ কলানি হাঈদুনা ভক্তনি হাঈনা নীংঙী। মহাক্না

**এই সব হয় শ্রীকৃষ্ণের অবতার।**
**নিরন্তর দেখি সভায় ভক্তির আচার॥ ৮৩**
**এ সবাকে শাস্ত্রে কহে—'ভক্ত অবতার'।**
**ভক্ত অবতার পদ উপরি সবার॥ ৮৪**

অর্থ :—

পূন্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি।
সভাদা ভক্তিগী লমচং তত্তনা উরিবনি॥ ৮৩
ময়াম' সিবু শাস্ত্রনা 'ভক্ত অবতার' হাঙ্গৈরি।
ভক্ত অবতাব ম্নাহৈনা অহেনবা খগুনরি॥ ৮৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

মতৌ কর্‌ম্না শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবগে? মহাক্না মকোক্তা পৃথিবীবু পুক্ন্না সৃষ্টি কাঙ্গদনবগী-দমক ঙাকই অমস্তুং ছত্র, চামরনচিংবা ওইনা সাইওন্দুনস্তু শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ সেবা তৌই। শেষ সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণনা ওনবা শেষ (পাখংবা)।

৮৩। পূন্নমক অসি—শ্রীবলদেবদগী শেষ সঙ্কর্ষণ ফাওবা পূন্নমক অসি। শ্রীকৃষ্ণগী অবতার—শ্রীঅংশাংশনচিংবা; জগৎতা অবতীর্ণ ওইরে হাঙ্গৈদুনা মখোয়বু অবতার হাঙ্গৈরিবনি। ১।৫।৬৯গী টীকাদা য়েংবিয়ু। মখোয় পূন্নমকী লমচত্তি ভক্তি ঙাক্তনি ভক্তশিংনা চৎপগা অমহানি।

পয়ার অসিদা শ্রীঅদ্বৈতবু ভক্তাবতার ওইবগী প্রমাণ পীজরে।

৮৪। মরূদদি মখোয় অসি অবতারনি অমস্তুং লমচৎতদি ভক্তনি; মরম অদুনা মখোয়বু 'ভক্ত অবতার" নত্রগা ভক্ত ওইনা অবতার তৌবা হাঙ্গৈনে। শ্রীবলদেবনচিংবা অবতার পূন্নমক অসি মরূদদি শ্রীকৃষ্ণনা ওইরকপনি হাঙ্গৈদুনা মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগা অমহানি (শক্তি ফোংদোকপদা খেন্নবা লৈ); অসিগুম্বা ফিবম অসিদা মখোয়বু ভক্ত হাঙ্গৈরগা মখোয়না লাই ওইবগী ফিবম অদুদা ময়েং তারকপা য়াই হাঙ্গৈনা চিংনদুনা হাঙ্গৈরিবনি—"ভক্ত অবতাব ম্নাহৈনা খ্বাইদগী অহেনবা খগুনরি।" ভক্ত অবতারগী মওঙ্তি খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপনি; মরম অসিনা মখোয়বু ভক্তাবতার হাঙ্গৈরুবদা মখোয়গী ময়েং তাবা (হন্থবা) লৈতে।

অতএব অংশী—কৃষ্ণ, অংশ—অবতার।
অংশী-অংশে দেখি জ্যেষ্ঠ—কনিষ্ঠ-আচার ॥ ৮৫

অর্থঃ—

অদুনা অংশী কৃষ্ণ, অংশনা অবতারনি।
অংশী অংশ য়েংলগা অচৌ-পিশক খঙনি ॥ ৮৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

"ভক্ত-অবতার রাইনা অহেনবা খঙনরি" রা অসিগী মমুংগী অর্থ করিনো? অহেনবা অসিনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণদগীমু অহেনবা অথোইবা ওইবরা? করিগুম্বা অহেনবা থোক্লবদি করম্বা মরমদা হেল্লবগে হাঙৈবদি করম্বা মরমদা অথোইবা ওইরবগে? মরমদি অহেনবা লৈতে, মরমদদি পুম্নমক অবেপ্পা শিবা লৈতবা ওাক্তনি, পুম্নমক অখণ্ডবা লাই ওাক্তনি। শক্তিদস্মু ভগবৎকী মশকশিং অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মথক ওইবা নত্তে, হন্নবা, রাৎপা ওাক্তনি। অদু ওইরবদি মখোয়না অহেনবা, অরাংবা ওইরিবদি করম্বা মরমদনো? ভক্ত অবতার হ ঈবা রাইে অসিনা অমুম্না খঙনব যাবে—ভক্তিগী মরমদা, শ্রীকৃষ্ণ সেবাগী মরমদা মখোয়না থোইদোক-হেন্দোকপা ওইরি। শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিনা শাংকাইদে, মহাক্তি ভক্তিগী মপুনি আশ্রয় (চংফম) নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী মনাহনি হাঙৈনা নীংবদা পোক্লকপা মুংওাইবা সমুদ্র অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মশকা অংশংনা খঙনবা লৈতে। অতোপ-অতোপ্পা ভগবৎকী মশকা অমস্মুং মখোয়গী নিত্তিগা লোঙৈনবিবশিংগী মমুংদা ভক্তিনা শাংকাইরি; মরম অদুনা কৃষ্ণ ভক্তনি হাঙৈনা নী বদা পোক্লকপা মুংওাইবা সমুদ্র অদুগা মখোয়গদি অম্মী লৈনৈ। হিরম অসোমদা শ্রীকৃষ্ণদগী মখোয়না অ.হনবা ওইরি। থাঙৈশেংবদি, রসিক-সেখর শ্রীকৃষ্ণনা অনাদি কালদগী—জগৎশেমত্রিডৈদগী মশাগী মাধুর্য্য অদু ভক্ত ভাব ওইনগা চানীংবনা অতোপ-অতোপ্পা ভগবৎকী মশক ওইনা অমস্মুং অতোপ-অতোপ্পা লোঙৈনবা ইমুং-মমুং (পরিকর) ওইনা সাইওল্লা। অদুগা ভক্তশিংগী মুংওাইবা হেনগৎনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনস্মু মতম লৈবা থিবিক্তা যাম্না কম্না হোৎনৈ। ইবুংঙো মহাক মশানা হাঙৈরম্মী—মদ ভক্তানাং বিনোদার্থং করোম্মি বিবধাঃ ক্রিয়াঃ। পদ্ম পুরাণ। মরম অদুনা ভক্ত ভাব লৌরিবা অবতারশিংগী মু.ওাইবদি শিংথাবা ওম্বা নত্তে। মতুংগী শ্লোক ১।৬।১৪ অমস্মুং পয়ার ১।৬।৮৯ টীকাদা য়েংবিযু।

৮৫। মথক্কী পয়াব ৮৩ গা মরী লৈনবা পয়ারনি। অদুনা—পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি অদুনা। অংশী নচিংবা—শ্রীকৃষ্ণনা অংশীনি অমস্মুং মাগী অবতার পুম্নমক্কা মাগী অংশনি। অংশী অংশ—অংশীনা অহম্নি অমস্মুং অংশনা অতোনবনি; লমচৎ ব্যবহারস্মু অচৌ-পিশক্কী মতুংইন্না ফজনা চৎনৈ।

জ্যেষ্ঠভাবে অংশীতে হয় প্রভুজ্ঞান।
কনিষ্ঠভাবে আপনাতে ভক্ত অভিমান॥ ৮৬
কৃষ্ণের সমতা হৈতে বড ভক্ত-পদ।
আত্মা হৈতে কৃষ্ণের ভক্ত প্রেমাস্পদ॥ ৮৭
আত্মা হৈতে কৃষ্ণ 'ভক্ত বড়' করি মানে।
তাহাতে বহুত শাস্ত্র বচণ প্রমাণে॥ ৮৮

অর্থ :—

অচৌবগী ভাবতা অংশীদা প্রভু-জ্ঞান ভৌই।
পিকপগী ভাবতা মশাবু ভক্তনি হাঙ্গনা নীংই॥ ৮৬
ভক্তনা হেন্না চাউই কৃষ্ণগা মান্নবদগী।
কৃষ্ণগী ভক্তনা হেন্না নুংশী আত্মাদগী॥ ৮৭
কৃষ্ণনা আত্মাদগী 'ভক্তনা চাউই' খল্লী।
মাতুগী অয়াম্বা শাস্ত্রগী প্রমাণ উহল্লী॥ ৮৮

তথাহি (ভা, ১১।১৪।১৫)
ন তথা মে প্রিয়তমঃ আত্মযোনির্ন শঙ্করঃ।
ন চ সঙ্কর্ষণো ন শ্রীর্নৈবাত্মা চ যথা ভবান্॥ ১৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৮৬। মথক্কী পয়ারদা ইরিবা অচৌ-পিশক্কী ল.চং হাঙ্গজরি। অংশীনা অহম্রি হাঙ্গদুনা মহাক্কী মকমদা অতোনবা ওইবা অংশনা প্রভুনি (ইবুংঙোনি) হাঙ্গনা নীংই। অংশনা অংশীদা প্রভুনি হাঙ্গনা নীংই অমসুং অংশনা অতোনবনি হাঙ্গদুনা মশাবু অংশীগী ভক্ত হাঙ্গবদি মনাইনি হাঙ্গনা নীংই। অতোনবা ওইবনা ভক্তনি হাঙ্গনা নীংবগী মরম ওই, মাসি পয়ার ৮৫/৮৬ গী অর্থ মচংনি

৮৭—৮৮। মথক্কী পয়ারদা হাঙ্গজখরে ভক্ত—অবতার য়াহৈনা অহেনবা অথোইবা খঙনরি; পয়ার অমি অসিদা মাতুগী মরম হাঙ্গজরি। কৃষ্ণগা মান্নবদগী কৃষ্ণগী ভক্তনা অথোইবনি। আত্মা—শ্রীমূর্ত্তি, মশাগী হকচাং। আত্মাদগী হেন্না নুংশী —শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী হকচাংদগী মহাক্কী ভক্তনা হেন্না নুংশী হাঙ্গনা নীংই। আত্মাদগী—ইবুংঙো মহাক্কা মশাদগী মাগী ভক্তনা হেন্না চাউই হাঙ্গনা খল্লী। মাতুগী—হিরম অদুগী।

শ্লো। ১৪। অন্বয়। ভবান (নং, নহাক) যথা (অদুম্না) [প্রিয়তমঃ] (নুংশিবনি, চান্নথোইবনি) আত্মযোনিঃ (ব্রহ্মা) মে (ঐগী) ন তথা প্রিয়তমঃ (অদুম হাঙ্গনা নুংশিদে), ন শঙ্করঃ (শঙ্করসু নত্তে) ন চ সঙ্কর্ষণঃ (সঙ্কর্ষণসু নত্তে) ন শ্রীঃ (লক্ষ্মীসু নত্তে), ন এব আত্মা চ (করি অমুক হাঙ্গগনি ঐনা ইশাবুসু অদুম হাঙ্গনা নুংশিদে)।

## গৌর-কৃপা-টীকা

অনুবাদ । শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায়খি—হে উদ্ধব ! ঐনা নংত্তোন্দা নুংশিরিবা অহুগুম্না ব্রহ্মাদা ঐনা নুংশিদে, শঙ্করদসু অহুম্না নুংশিদে, সঙ্কর্ষণ-দসু নুংশিদে, লক্ষ্মীদসু নুংশিদে, করি অমুক হায়গনি ঐনা ঐগী ইশাবুসু অহুগুম্না নুংশিদে ।" ১৪ ।

শ্রীকৃষ্ণগী মশক অমা ওইবা গর্ভোদশায়ীগী খোঙ্গদো থম্বান্দা ব্রহ্মা পোকই ; মরম অদুনা ব্রহ্মা অসি শ্রীকৃষ্ণগী মচা-মনাই খোল্লে, শ্রীশঙ্করসু মহাক্কী মশক অমনি ; অদুগা লক্ষ্মীনা মাগী চায়বীনি ; তৌইগুম্বসুং অহুম ওইনমক ব্রহ্মা অদু মচা ওইরবসু অহুক নুংশিদে, শঙ্কর অদু কৃষ্ণগী মশক ওইরবসু অহুক নুংশিদে, করি অমুক হায়গনি চায়বী ওইরবসু শ্রীলক্ষ্মী-দেবী অহুদসু অহুক য়াম্না নুংশিদে—ভক্ত উদ্ধবতা নুংশিরিবা অহুগুম্না । য়াত্তা অসিদা খণ্ডনরিবদি, ভক্ততদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবগী মরম অমা ওইরে, অতে কনাগুম্বা অমদা মরীমতা থোক্লে হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্না নুংশিনবগী মরম ওইবা য়াদ্রে । ব্রহ্মাবুসু নুংশি, তৌইগুম্বসুং মচা থোকই হায়দুনা নুংশিবদি নত্তে, ভক্ত অমনি হায়দুনা নুংশিবনি ; ব্রহ্মানা মাগী থম্মোইদা শাংকাইরিবা ভক্তি অহুক্কী মথৌদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবিবনি । শঙ্কর অমসুং লক্ষ্মীগী মরমদসু অহুমগাই ফিবম অমতনি ; লক্ষ্মীদসু ইবুংঙো মহাক্না নুংশিবি ; তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মুপীনি হায়দুনা নুংশিবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণদা নুংশিবা প্রেম লৈ হায়দুনা নুংশিবনি ; থাজেশেংবা ইবুংঙো মাগোন্দা প্রেম লৈ হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুপী ওইবনি ; শ্রীকৃষ্ণগা ইবেম্মগা লৈনরিবা মরী অসি ইবুংঙোদা হায়না নুংশিরবননি, নুংশিরিবা অহুগী মতুং ইন্নদুনা মরী থোকখিবনি । ব্রহ্মা, শঙ্কর অমসুং লক্ষ্মী অহুম অসিগী ভক্তিদগী উদ্ধবনা হেন্নী হায়দুনা মখোঙ্গ অহুমদগী উদ্ধবনা হেনা নুংশি । "অতো ভক্ত্যাধিক্যাৎ যথা ভবান প্রিয়তমঃ, তথা ন তে ইত্যর্থঃ (ক্রমসন্দর্ভঃ) । সর্ব্বভক্তেস্বু মধ্যে উদ্ধবঃ শ্রেষ্ঠস্তস্মাদপি গোপ্যঃ (চক্রবর্ত্তী) ।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি ব্রহ্মা, শঙ্কর, লক্ষ্মীগী য়াদা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণ মশাগী হকচাংবুসু অহুক য়াম্না নুংশিদে—শ্রীউদ্ধবতা নুংশিবিরিবা অহুম তৌনা ; মাহুগী মরমদি—"শ্রীউদ্ধবকী ভক্তি ননি । ভগবান্দি ভক্তিগী মখা পোল্লী । "ভক্তিবশঃ পুরুষঃ ।" শ্রুতি । শ্রীশঙ্কর অসি শ্রীকৃষ্ণগা মরূদা অমতনি মান্নে ; শ্লোকতা হায়রিবনা, শঙ্করদগীসু ভক্ত উদ্ধবনা হেন্না নুংশি ; হায়রিবা য়া অসি, পয়ার ৮৭ তা 'কৃষ্ণগা মান্নবদগী' হায়বা য়াহৈ অদুগী মতাং অসিদা প্রমাণ ওইরে । শ্রীকৃষ্ণগী আত্মাদগীসু (মশাদগীসু) ভক্ত উদ্ধবনা নুংশিবা হেন্নী ; য়াত্তা অসিনা পয়ার ৮৭/৮৮ দা হায়রিবা "আত্মাদগী" নচিংবা শরুক অহুগী প্রমাণ ওইরে । মথক্কী পয়ার ৮৭/৮৮গী প্রমাণ ওইনা শ্লোক অসি উচ্চরিবদি, মাসিদা য়াওরিবা "প্রিয়তম" য়াহৈ অসিনা ভক্তদা হেন্না নুংশি হায়বা অদু

কৃষ্ণ সাম্যে নহে তাঁর মাধুর্য্যাস্বাদন।
ভক্তভাবে করে তাঁর মাধুর্য্য চর্ব্বণ॥ ৮৯
শাস্ত্রের সিদ্ধান্ত এই বিজ্ঞের অনুভব।
মূঢ় লোক নাহি জানে ভাবের বৈভব॥ ৯০

অর্থ :–

কৃষ্ণগী মাধুর্য্য ফংদে, কৃষ্ণগা মান্নবনা।
মাগী মাধুর্য্য চাবা ফংবনি ভক্তভনা॥ ৮৯
শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি অশিংবা মীনা খঙবনি।
প্রেমগী মগুণ্ডি অপঙবনা খঙদবনি॥ ৯০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

খঙহল্লী। ভক্তনা চাউরিবা অসিবু করম্ব! মরমদা চাউবগে? শ্রীকৃষ্ণগী মফমদদি - মুংশিবা হাঙ্গৈহুনা লৈরিবা পূন্নমক্তী ভক্তদা নুংশিবনা ইহেন-হেন্ত্রী। মুংশিবা হেনবা মরম অহুনা চাউবম্ব হেন্রে।

৮৯-৯০। মচানচিংবদগী অমদি কৃষ্ণগা মান্নবদগী ভক্তনা করিগী মুংশিবা হেল্লিবনো, মাহুগী মরমদা হাঙ্গৈজরি। শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চাবা ওম্লিবা অহুক্কী মতিক মুংশিবগী থাকৃম্ব অহুক্কী মতিক রাংথবে—মাসি শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি, মাসি অশিংবা মীনা খঙনরবা শোইত্রবা রানি। কৃষ্ণ-মাধুর্য্য চাবা ফংননবগী মরমম্ব প্রেম অমদি ভক্তিনা ওই—মচানচিংবা মন্নী-মতা অমদি কৃষ্ণগা মান্নবনা ওইদে (১। ৪। ১২৪; ১। ৪। ৪৪); মবম অসিনা প্রেম অমদি ভক্তি অসি অহুক্কী মতিক য়াম্লা লৈজরবা মী অহুতনা শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চাবদা অহুক্কী মতিক য়াম্লা চংখোম্না চাবা ওম্মী, মরম অহুনা মহাক্তনা শ্রীকৃষ্ণদা য়াম্লা হেক্তিল্লা মুংশিবা ওম্মী।

হংবিবা য়াই, শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যনু অহুক্কী মতিক নিংথিনা চাবা ওম্লগা, চারিবা ভক্ত অহু অহুক্কী মতিক চাউবা যাই, তৌইগুম্বগুং মহাক্ত শ্রীকৃষ্ণবু করিগী য়াম্লা মুংশিকগদগে? মুংশিরুম্বগা মহাক্তা করিগী অংখাইবা অংহনবা ওইগদগে? মাহুগী পাওখুম পীজরি — শ্রীকৃষ্ণদি রসিক-শেখারনি; মহাক্তি রস চাবদা য়াম্লা হৈ সিংঙী অমম্বুং রস চাননবগীদমক কোঙৈথি-থিহুনা লৈ; অহুনা ইবুঙো মহাক্তা রস চাননবগী মরমদা য়াম্লা তেংবাংবিবা ওম্বা ভক্ত অহুবু ইবুংঙোনা যাম্লা মুংশিবিগনি। ইবুংঙোনা চারিবা পোংতি ভক্তগী প্রেমরস-নি; মরম অসিনা প্রেম অমদি ভক্তি অহুক্কী মতিক য়াম্লা চংখোম্না শাংকায়রিবা মহাক অহুতনা শ্রীকৃষ্ণগী (ইবুংঙো মহাক্কী) চাননবা থক্কনবা

**ভক্ত ভাব অঙ্গীকরি বলরাম লক্ষ্মণ।**
**অদ্বৈত নিত্যানন্দ শেষ সঙ্কর্ষণ। ৯১**
**কৃষ্ণের মাধুর্য্য রসামৃত করে পান।**
**সেই সুখে মত্ত কিছু নাহি জানে আন॥ ৯২**

**অর্থ :—**

ভক্ত ভাব লৌখ্রনা বলরাম লক্ষ্মণনা।
অদ্বৈত নিত্যানন্দ শেষ সঙ্কর্ষণনা॥ ৯১
কৃষ্ণগী মাধুর্য্য রসামৃত থক্লুনা।
অতৈ খুওদ্রে নুংঙাইবা'ত্থুনা ময়াই কাহ্নুনা॥ ৯২

## গৌর-কৃপা-টীকা

পোৎ য়াম্না মন্নাং কাইনা পৈশিনবিবা ওন্মী, রস চাননবগী মরমদা ইবুংঙোদা য়াম্না তেংবাংবিবা মহাক্কনা ওন্মী; মরম অত্থুনা তেংবাংবিবিবা মাঙোন্দা, শ্রীকৃষ্ণনা অত্থুক্কী মতিক নুংশিবি। মতৌ অস্তুম তৌথ্রুনা, ভক্ত অত্থুনা, শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চাবগী হিসাবতস্ু মহাক্কা চাউই, অত্থুগা শ্রীকৃষ্ণনা রস চাননবগী মবমদা তেংবাংবিবগী হিসাবতস্ু ভক্ত অত্থুনা চাউই; মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবিবগী মবমদস্ু ভক্ত অত্থুনা চাউই। মরী-মতা থোক্লবা ১দি কৃষ্ণগা মান্নবা অত্থুনা রস-চাবগী মবমদা শ্রীকৃষ্ণগী তেংবাংবিবা ওমদে—মরমদি মরী থোক্লবা অমদি মান্নবদা প্রেম শাৎকাযননবগী মবম থোক্কে। শ্রীনন্দ—যশোদাস্ু শ্রীকৃষ্ণগী মমা-মপানি—১স্ুং বস্ুদেব-দেবকীস্ু ইবুংঙোগী মমা-মপানি—শ্রীকৃষ্ণগা মরী থোক্লবদি চপ মান্নে, অত্থুম ওইনমক (তৌইগুম্বস্ুং) মখোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবদি চপ-মান্নদে নন্দ-যশোদাদা নুংশিবা অত্থুক বস্ুদেব-দেবকীদা নুংশিদে, মাত্থুগী প্রমাণ্ডি অসিনি -শ্রীকৃষ্ণনা বস্ুদেব-দেবকীগী মনাক্তা লৈবা মতম স্ুদ নন্দ-যশোদা নুংশিবকপনা খাঙবা ওমদে (প্রকট লীলাদা), তৌইগুম্বস্ুং ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা নন্দ-যশোদাগী ময়ুমদা লৈবা মতমদদি বস্ুদেব-দেবকীবু নু শিবকপগী রাখন লাক্কে। মাত্থুগী মবমদি অসিনি, বস্ুদেব-দেবকীদগী নন্দ যশোদাদানা প্রেম শা৪যবা য়াম্না হেন্নী; মরম অত্থুনা, মখোয়না বস্ুদেবা-দেবকীদগী নুংশিবগী শকক্তস্ু চাউবা হেন্নী।

অশিংবা মীশিংনা হাঙ্গৈনৈ, ভক্তগী ভাব ওইবগতা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চাবা ওন্মী, অতৈ অতোপ্পা ভাব-নদি চাবা ওমদে।

৯১-৯৫। কৃষ্ণগা মান্নে হাঙ্গনা খনবা অত্থুনা মাধুর্য্য চাবা ওমদে হাঙ্গত্থুনা অমস্ুং ভক্তগী ভাব ওইরগত্তা মাধুর্য্য চাবা ওন্মী হাঙ্গত্থুনা বলরাম, লক্ষ্মণ, অদ্বৈত, নিত্যানন্দ,

অন্যের আছুক কার্য্য আপনে শ্রীকৃষ্ণ।
আপন মাধুর্য্য পানে হইয়া সতৃষ্ণ॥ ৯৩
স্বমাধুর্য্য আস্বাদিতে করেণ যত্ন।
ভক্তভাব বিনা নহে তাহা আস্বাদন॥ ৯৪
ভক্তভাব অঙ্গীকরি হৈলা অবতীর্ণ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-রূপে সর্ব্ব ভাবেপূর্ণ॥ ৯৫

অর্থ :—

অতোপ্পগী না থমখিসি কৃষ্ণমশামক্তা।
মশাগী মাধুর্য্য অহু য়ান্না থৌরাংহুনা॥ ৯৩
থক্তে হোৎনজে মশাগী মাধুর্য্য অহু।
ভক্ত ভাব নত্তনদি থকপা ঙমদে মাহু॥ ৯৪
ভক্ত ভাব ওইগে রাশকুনা অবতার ওইরে।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ওইহুনা মপুং ফাররে॥ ৯৫

---

## গৌর-কৃপা টীকা

শেষ অমসুং সঙ্কর্ষণনচিংবা পূন্নমক্তা মকদা হৌফমদা কৃষ্ণগা মান্নবসু শ্রীকৃষ্ণগী-মাধুর্য্য থক্কনবগীদমক ভক্তভাব ওইগে হাঙৈনা লেপখবে (রাশকখরে) অমসুং ভক্তগী ভাব ওইনা মাধুর্য্য চাহুনা, মহাও অহুনা মুংঙাগরকুনা মন্নাই কাখরে (ঙাওখরে)। শ্রীকৃষ্ণগী মমান্নবা ওইরগমু মখোয়না ভক্তভাব ওইরিবা অসিনদি করি খঙনরবগে হাঙৈবদা, কৃষ্ণগী মমান্নবা ওইবদগী কৃষ্ণগী ভক্ত ওইবনা অথোইবনি হাঙৈবা প্রমাণ ওই। কৃষ্ণগা মান্নবসু অপান্বা পোৎস্তি (মাধুর্য্য চাবদি) মখোয়না ফংদে, ভক্ত ভাব ওইবগতা চাবা ফংঙী। অতোপ্পগী নাদি থমখিসি, স্বয়ং শ্রিকৃষ্ণমকুসু ভক্তভাব ওইবা নত্তনদি মশাগী মাধুর্য্য চ'বা ঙমদে। ভক্ত পূন্নমকী মকোক শ্রীবাধাগী ভাব লৌহুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার তৌরগা মশাগী মাধুর্য্য চাবা ঙমখি। ভক্তভাব নত্তনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ-মকুসু ম'ধুর্য্য অহু চাবা ঙমদে হ'ঙৈবা অহু কোংদোকচরে। পয়ার ৯১—৯৫ দা অশিংথশিংগী থুদম পীজরে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইহুনা অসিনচিংবা—মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনু মপুং ফাবরে হাঙৈরে, বাহৈ অসিনা খঙনগদবদি মরম খুদিংমক্তা মপুং ফাবা হাঙৈবনি, শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ব্রজদা মহাক্তা চাবা ঙমখিদবা অহু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইহুনা নবদ্বীপ্তা মাহুসু চাবা ফংলে। বাসিনা

নানা ভক্ত ভাবে করেণ স্বমাধুর্য্য পান।
পূর্ব্বে করিয়াছি এই সিদ্ধান্ত ব্যাখ্যান॥ ৯৬
অবতারগণের ভক্ত ভাবে অধিকার।
ভক্ত ভাব হৈতে অধিক সুখ নাহি আর॥ ৯৭

অর্থ :—

মশাগী মাধুর্য্য খিবিক থকই ভক্ত ভাবতা।
সিদ্ধান্ত অসি শিংথাজখরে মথক্তা॥ ৯৬
অবতারশিং ভক্ত ভাবকী অধিকার লৈবনি।
ভক্ত ভাবতগী হেন্না নুংঙাইবা লৈতবনি॥ ৯৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

খণ্ডনরিবদি—রসিক-শেখরগী হিসাবতা শ্রীকৃষ্ণদগীসু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক্না মপূং ফাবা থন্না হেন্নী। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা, নুংঙাইবা অহু মপু ওইনা চাবা ফংঙী, তৌইগুবসু্ং আশ্রয় জাতীয় সুখ (চংজবা ওইনা নুংঙাইবা হাঙৈবদি মনাই ওইনা নুংঙাইবা) অহুদি চাবা ফংখিদে—মরমদি, মনাই ওইনা নুংঙাইবা অহু চাননবগী মচাক অহু ব্রজদা মাঙোন্দা কোংদোক্লমদে—মাহু মপূং ফানা মাগী মশক ওইবা শ্রীরাধিকাদা ফোংদোক্লমী। তৌইগুবসু্ং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মফমদা শ্রীরাধাগী ভাব চংহুনা লৈবনা ইবুংঙো মহাক্তি মনাই ওইনা নুংঙাইবসু (আশ্রয় জাতীয় সুখসু) চাবা ফংখি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা ওইরিবদি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধাগা—মপূং ফাবা শক্তিগা মপূং ফাবা শক্তিমানগা তিন্নবা হকচাংনি; মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙো মহাক মতোমতনা মপু ওইনা অমসু্ং মনাই ওইনা নুংঙাইবা (বিষয় জাতীয় এবং আশ্রয় জাতীয় সুখ) মপূং ফানা চাবা ঙম্মী; মরম অহুনা রসিক শেখর ওইবগী মপূং ফাবা ফিবম অসি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদতা ফোংদোকই। অমসু্ং মশক অবতদা শক্তিগা শক্তিমানগা মপূংফানা ফোংদোকই হাঙৈহুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু 'মরম খুদিংমক্তা মপূং ফাবা' হাঙৈরিবনি। শ্রীজীব-গোস্বামী পাদনা সন্দর্ভদা হাঙৈরম্মী—শ্রীরাধা কৃষ্ণ—অনিনা তিন্নবা হকচাংমা অথোইবা মশক্নি; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মফমদা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী তিন্নবগী থমথোংবা মপূং ফাবনি হাঙৈহুনা মশক অসিবু খ্বাই পূন্নমক্তগী অথোইবা মশক্নি হাঙৈবা য়াই—অহুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু তিরম পূন্নমক্তা মপূং ফাবনি হাঙৈরিবনি।

৯৬। ভক্ত ভাবতা—শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইহুনা ভক্ত ভাবতা মশাগী মাধুর্য্য অঙকপা খিবিক অহু থক্ই (চাই)। মথক্তা—আদি-লীলাগী মরি শুবা মতাংদা।

৯৭। মথকী পয়ার ৮৩ দা শ্রীবলরামচিংবা অসি ভক্ত অবতার ওইবগী প্রমাণ তৌবা হোৌখরে; পয়ার অসিদা মাহু লোইশিঙ্গরি। অবতারশিং অসি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনি

মূল ভক্ত অবতার শ্রীসঙ্কর্ষণ।
ভক্ত অবতার তঁহি অদ্বৈত গণন॥ ৯৮
অদ্বৈত—আচার্য্য গোসাঞির মহিমা অপার।
যাঁহার হুঙ্কারে কৈল চৈতন্যাবতার। ৯৯
সঙ্কীর্ত্তন প্রচারিয়া জগৎ তারিল।
অদ্বৈত প্রসাদে লোক প্রেমধন পাইল॥ ১০০

অর্থ :—

ভক্ত অবতারগী মরূদি শ্রীসঙ্কর্ষণনি।
অদ্বৈতসু ভক্ত অবতার মনুং চনবনি॥ ৯৮
অদ্বৈত-আচার্য্য গোসাঞিগী মগুণ অঙকপনি।
চৈতন্যাবতার, মহাক্না কৌবদা তৌবনি॥ ৯৯
সঙ্কীর্ত্তন শন্দোক্লুনা জগৎ পূম্বা লান বিরে।
অদ্বৈতদগী মী-শিংনা প্রেমগী লল ফংজবে॥ ১০০

---

## গৌব-কৃপা-টীকা

হাঙৈহুনা অমসুং অংশীগী সেবাদি অংশনা তৌব' হৌনৈ হাঙৈহুনা অবতাবশিংনা ভক্ত ভাব ওইবগী অধিকার লৈরিবনি; মরম অহুমা মখোয়না ভক্ত ভাব অহু যানীহুনা ভক্তাবতাব নি হাঙৈনা মমিং চংলিবনি। ভক্ত ভাবতগী নচিংব—ভক্ত ভাব ওইরগা নুংঙ ইবা ফংবা অহু ( শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চাবদা নুঙাইবা ফংবা অহু ', মাহুদগী অহেনবা নুংঙাইবা অমা লৈতরে; মাহুগা মান্নবা নুংঙাইবসু লৈতরে, মবম অহুনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা ভক্তভাব ওইগে হাঙৈহুনা য়াশল্লিবনি।

৯৮—৯৯। শ্রীঅদ্বৈতনা মতৌ করম্না ভক্তাবতাব ওইবগে মহু হাঙজবি। শ্রীসঙ্কর্ষণনা ভক্তাবতার মরূ ওইবনা অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীসঙ্কর্ষণগী অংশগী অংশ ( অংশাংশ ) ওইবনা শ্রীঅদ্বৈতসু ভক্তাবতার ওইরিবনি, মবম অহুনা অংশীগী গুণ অহু অংশদসু লৈবা হৌনৈ। ( পয়ার ৭৫ গী টীকাদা য়েংবিযু )। অদ্বৈতং হরিণাদৈত্যাদি শ্লোক্তা য়াওরিবা 'ভক্তাবতারং' শব্দগী অর্থ লোইশিঙ্করে। মহাক্না কৌবদা - মহাক্না লাউবদা, মাসি মহাক মহাক্কী মগুণনি।

১০০। লানবিরে—সংসারগী অন্নাবা কোকপিরে। প্রেমগী লল ফংজরে—শ্রীরাধা-গোবিন্দগী প্রেম সেবা ফংজরে।

অদ্বৈত মহিমানন্ত-কে পারে কহিতে।
সেই লিখি যেইশুনি মহাজন হৈতে॥ ১০১
আচার্য্য-চরণে মোর কোটি নমস্কার।
ইথে কিছু অপরাধ না লবে আমার॥ ১০২
তোমার মহিমা কোটি সমুদ্র অগাধ।
তাঁহার ইয়ত্তা কহি, এ বড় অপরাধ॥ ১০৩
জয় জয় জয় শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য।
জয় জয় শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ আর্য্য॥ ১০৪
দুই শ্লোকে কহিল অদ্বৈত-তত্ত্ব-নিরূপণ।
পঞ্চতত্ত্বের বিচার কিছু শুন ভক্তগণ॥ ১০৫
শ্রীরূপ-রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ১০৬

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে শ্রীমদদ্বৈত তত্ত্বনিরূপণং নাম ষষ্ঠ পরিচ্ছেদঃ॥ ৬

অর্থ :—

মগুণ কনাস্থ শিংথাবা ঙমদে অদ্বৈতগী।
তাবা খরাদং ইজবনি মহাজনদগী॥ ১০১
ঐনা কোটি খুরুমজরি আচার্য্য চরণ্ডা।
ঐগী অপরাধ লৌবিরোই নীংজে মাসিদা॥ ১০২
নংগী নণ্ডিং কোটি সমুদ্রগুম্বনি।
মাদুগী ঙমখৈ হাঙ্গবদি অপরাধ ওইনি॥ ১০৩
শ্রীঅদ্বৈতবু হন্না হন্না খুরুমজরি।
শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দবু হন্না খুরুমজরি॥ ১০৪
অদ্বৈত তত্ত্ব, শিংথাজরে শ্লোক অনিথক্লা।
পঞ্চতত্ত্বগী বিচার তাবিরো ভক্তশিংনা॥ ১০৫
শ্রীরূপরঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজে কৃষ্ণদাসনা॥ ১০৬

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি খণ্ডা শ্রীমদদ্বৈতগী তত্ত্ব শীংথাজবা তরুক শুবা মতাং লোঈজবে॥ ৬॥

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০১। মহাজনদগী- সাধু, বৈষ্ণবশিংগী মফমদগী। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মগুণ কনা-নস্থ শিংথাবা ঙম্বা নত্তে।

১০২। অপরাধ—মরাল, দোষ, লঙজবা।

১০৩। কোটি সমুদ্র—শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙোগী গুণ অসি কোটি সমুদ্রগুম্না য়াম্না পাক চাউমরে, কনানস্থ শিংথাবা ঙম্বা নত্তে, অত্তুবু কনাগুম্বনা মফম অসিদা লোইরে হাঙ্গৈত্বনা ঙমখৈ অমা নাইনা হাঙ্গিকরবদি, হাঙ্গিরিবা মী অত্তুগী লঙজবা ( অপরাধ ) ওইগনি।

## তরেৎশুবা মতাং।

অগত্যেকগতিং নত্বা হীনার্থাধিক সাধকম।
শ্রীচৈতন্যং লিখ্যতেহস্য প্রেম ভক্তি বদান্যতা।। ১

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য।
তাঁহার চরণাশ্রিত বড় ধন্য।। ১
পূর্ব্বে গুর্ব্বাদি ছয় তত্ত্বের কৈল নমস্কার।
গুরুতত্ত্ব কহিয়াছি শুন পাঁচের বিচার।। ২

অর্থ :—

খুরুমজরি চৈতন্য প্রভুবু হন্না-হন্না।
অখোইবনি মহাকী চরন্দা চংজবনা।। ১
খুরুমজখরে গুরুনচিংবা তরুকী তত্ত্ব।
মঙাগী রা ভাবিয়ু হাঙ্গৈজরক্নি গুরু তত্ত্ব।। ২

---

### গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো। ১। অন্বয়। অগত্যেকগতিং ( পাম্বে—গতি লৈতবা মীগী পাম্বে ওইবিরিবা ) হীনার্থাধিক সাধকং ( অতোনবা মীদস্ু অখোইবা প্রেম পীবিরিবা ) শ্রীচৈতন্যং (শ্রীগৌরাঙ্গবু) নত্বা ( খুরুমজহনা ) অস্য ( মহাকী—শ্রীচৈতন্যগী ) প্রেম ভক্তিবদান্যতা ( প্রেমভক্তি পীনহৈবগী মগুণবু ) লিখ্যতে ( ইজরি )।

অনুবাদ। পাঙ্গল লৈতবা মীগী পাঙ্গল ওইবিরিবা অমসুং তোল্লবা মী পুন্নমকপুম্ অখোইবা পোৎশক ওইবা প্রেম পীবিরিবা, অচুম ওইবা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু খুরুমজহনা মহাক্না প্রেম—ভক্তিগী মরমদা পীনহৈবগী মগুণ অসু শিংথাজরি। ১

পীনহৈবা পুন্নমকী মকোক ওইবা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মতিক চাব-চাদবা বিচার ইত্তো-তোদনা থেংন-থেংনরবা জীবদা,—ব্রহ্মানচিংবনসু য়াম্না তাংনা ফংলবা প্রেম ভক্তিসু ইলাই-লাইনা পীখোকই।

২। তত্ত্ব তরুক—গুরু, ভক্ত, ঈশ, অবতার, প্রকাশ ( কোংদোকপা ) অমসুং শক্তি তরুক অসিনি। তরুক অসিগী মনুংদা পয়ার ১।১।২৬—২৯ দা গুরু তত্ত্ব শিংথাজখরে; অসি নত্তবা অতোপ্পা মঙা—ভক্ত, ঈশ, অবতার, প্রকাশ অমসুং শক্তি তত্ত্ব মঙা অসিগী বিচার মতাং অসিদা মতুংগী পয়ার পুন্নমক্তা তৌজরি।

পঞ্চতত্ত্ব অবতীর্ণ শ্রীচৈতন্য সঙ্গে।
পঞ্চতত্ত্ব মিলি করে সঙ্কীর্ত্তন রঙ্গে। ৩
পঞ্চতত্ত্ব এক বস্তু নাহি কিছু ভেদ।
রস আস্বাদিতে তভু বিবিধ বিভেদ॥ ৪

অর্থ:—

চৈতন্যগা লোঈনহুনা তত্ব মঙা পোকই।
তত্ব মঙা লোঈনহুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই॥ ৩
পঞ্চতত্ত্বদি অমতনি খেন্নদবনি।
রস চুপকে হাঙ্গহুনা মঙা থোক্লা পুথোক্পনি॥ ৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩। চৈতন্যগা লোঈনহুনা—শ্রীচৈতন্য থারগা; শ্রীচৈতন্যবু তত্ব অমনি হাঙ্গনা লৌহুনা। তত্ব মঙা পোকই নচিংবা—শ্রীচৈতন্য থারগা তত্ব মঙা পোকই; শ্রীচৈতন্যনা তত্ব অমনি, ইবুংঙো নত্তবা অতোপ্পা তত্ব মরি গা পুম্না তত্ব মঙা নবদ্বীপতা পোকই। মহুংগী ভাবনি।

সঙ্কীর্ত্তন—“বহুভির্মিলিত্বা তদগানসুখং শ্রীকৃষ্ণগানম—মীয়াম তিন্নহুনা মুংঙাইনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ইশৈ শক্নবদি অহুবু সঙ্কীর্ত্তন কৌই। শ্রীভা, ১১।৫।৩২ শ্লোক॥” ক্রম সন্দর্ভঃ। শ্রীকৃষ্ণগী ইশৈ শকপদা শক্নিবা মীস্নু মুংঙাইবা ফংঙৌ, শ্রীকৃষ্ণসু মুংঙাই, শ্রীকৃষ্ণপেন্নবগীদমক ইশৈ শক্নিবনি, মাহুদা তত্ব মঙা পুথোক্লুরিবগী মরম করিগীনো, মাহুগী মরম হাঙ্গজরি। তত্ব মঙা লোঈনহুনানচিংবা—তত্ব মঙা তিন্নহুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই। মী অমতনা সঙ্কীর্ত্তন তৌবদা মতোমতা মুংঙাই; সঙ্কীর্ত্তন তৌবা তারবদি মী য়াম্না চংঙী; মরম অহুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌরগা সঙ্কীর্ত্তন রস চুম্নীংহুনা তত্ব মঙা থোক্লা তোঙান-তোঙান্না মঙা পুথোকই। তত্ব মঙা অসিগী বারীদি ১।১।১৪ শ্লোকী টীকাদা য়েংবিয়ু।

৪। পঞ্চ তত্ব—তত্ব মঙা। তত্ব মঙাগী মশক হাঙ্গজরি। মঙা অসি তোঙান-তোঙান্না ফোংদোক্লবস্নু মরূদদি খেন্নবা লৈতে; মরূ অমতনা ভাব খেন্ননা মঙা থোক্লা সাইওনবনি। “উপাধিভেদাৎ পঞ্চত্বং তত্বস্যেহ প্রদর্শ্যতে॥ গৌরগণোদ্দেশ-দীপিকা ৭॥”

{ সঙ্কীর্ত্তনগী মরমদা ‘তত্ব প্রকাশ’ কৌবা লাইরিক্তা শ্রীগৌরাঙ্গনা মঙা থোক্লা শক তোঙান-তোঙান্না পুথোকপা মওং অমগা ইজরি। মাসি মথক্তা হাঙ্গজগ্রিবা ১।১।১৪ শ্লোকী টীকাদা থন্না খেন্নৈ, ভাব তোঙান-তোঙানবনি। মাহুদি—শ্রীগৌরাঙ্গ-মশাদা

## গৌর-কৃপা-টীকা

অপুনবা ওইনা লৈরিবনা ১। পুক্নিং ২। বুদ্ধি, ৩। চিং ৪। ইন্দ্রিয়, ৫। প্রাণ, মসিনা পূম্নগা শ্রীগৌরাঙ্গগী হকচাংনি। অমুক থাইদোকখ্রগা ১। পুক্নিংনা শ্রীনিবাস ওইনা সাইওল্লী সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা ওই, ২। বুদ্ধিনা অদ্বৈত ওই, অদ্বৈতনা পুং য়ৈ; ৩। চিংনা নিত্যানন্দ ওই, নিত্যানন্দনা ভাবক ওই; ৪। ইন্দ্রিয়না শ্রীমুরারি ওই, মুরারিনা বায়ণ (খোনবাংবা) ওই; ৫। প্রভুগী প্রাণ-প্রিয় ভক্ত মুকুন্দ ওই, মুকুন্দনা তুহার ওই। ভাব মখল মখল খওজিল্লবগী অকাঈবা খোইদোকপা লৈরোই। (মপানগী ভাবনি)}

রস চুপকে হাঙ্গৈহনা—মথক্কী পয়ার মতুংগী ইন্না রস হাঙ্গৈরিবা অসি-সঙ্কীর্ত্তনগী রস ওইগনি; অসিগুম্না রস অসি চুপকে হাঙ্গৈহনা তত্ত্ব অমতনা মঙা থোক্না থাইদোকখি। ম্যাসি মঙা পুথোক্নবগী মরম্নি। অমতা ওইবা নাম সঙ্কীর্ত্তনদগী অতোপ-অতোপ্পা ভক্তনা মখল-মখা অয়াম্বা রস চুপ্পী; নাম অসি কল্পতরুগুম্বনি—নাম্না ভক্তগী ভাবকা মতুংইন্না রস দান তৌই। থোইদোকপদি, নামগা নামীগা মশাগা) খেন্নদবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণমতোন্‌তনা, মখল-মখা অয়াম্বা ভাব খনবা ভক্তগী মফমদা তোঙান-তোঙানবা রস ফাওহল্লী, অদু-গুমহনা নাম অসিস্তু অতোপ-অতোপ্পা ভক্তগী থরাইদা অতোপা-অতোপ্পা রস ফাওহল্লী। শ্রীমন মহাপ্রভুনা অবতার তৌবগী মপানগী ওইবা মরমদি নাম সঙ্কীর্ত্তন-শন্দোকপা অসিনি। সঙ্কীর্ত্তন তৌনবগী দমকস্তু মী য়াম্না চংদবা য়াদে, মরম অদুনা তত্ত্ব অমতনা মশিং য়াম্না (মঙা) পুথোক্লিবনি। অদুগা অবতারগী মনুং চনবা ভাবস্তু তত্ত্ব মঙা পুথোকক্ম থোকপা রা লৈ। শ্রীমন মহাপ্রভুনা রাধা-ভাবতা চংহনা কান্তা-ভাবগী আশ্রয় ওইনা (গোপী ওইনা) শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য থকনি—মাসিনা অবতারগী মনুংচনবা মরম্নি। মনাই ওইনা (আশ্রয়রূপে) কান্তারস কৌ অঙকপা চাগে হাঙ্গৈবগীদমক ব্রজদা স্বয়ং শ্রীরাধানা কান্তা পূম্নমক্কী মকোক ওইরবনু গোপী মশিং য়াম্না পুথোকই। মাহুগী মতৌগুম্না মনাই ওইনা (আশ্রয়রূপে) রস পূম্নমক্কী অঙকপা অদু চাবা তারবদি শ্রীমন মহাপ্রভুস্তু অতোপ-অতোপ্পা ভাবনা তিনবা লীলাগী মতুং-ইনবা লোইনবা মরূপ য়াম্না চংকম থোকই; অদুনা পঞ্চ তত্ত্ব (তত্ত্ব মঙা) পুথোকুম্না ইবুংঙো মহাক্না নীংলিবা অদু থুংনবা হোংনৈ; মনুং চনবা ভাবতা চাহনা তত্ত্ব মঙা তিন্নহনা কান্তারসকী অঙকপা অমনুং শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চাখি।

মফম অসিদা নৈনগদবা রা অমা লৈরে।—পয়ার ১। ১। ১৫'দা হাঙ্গৈরি—কৃষ্ণ, গুরু, ভক্ত, শক্তি, অবতার অমসু প্রকাশ তরুক অসি ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা শক্লোন পুথোকই।

তথাহি শ্রীস্বরূপগোস্বামি-কড়চায়াম

পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকম্ ।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্ ॥ ২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহানবা মতাং গুরুতত্ত্ব শিংথাজরে, অতোপ্পা তত্ত্ব মতাশ্মু শিংথারেদি হাঙবনু মাহুদা শন্দোক্লা চপ চানা শিংথাখিদে, মরম অহুনা মতাং অসিদা শিংথাজরি। তত্ত্ব মতা অসি মরুদা মশক অমতনি, তত্ত্ব অমতনি, শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নবা নত্তে; গুরু তত্ত্বনা মখোঙগী মমুং চাগ্রবগী মরমদি অসিনি, গুরুগী মশক্তি শ্রীকৃষ্ণ নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নবা ভক্তনি (১।১।২৬। শ্লোকী টীকাদা য়েংবিয়ু) শ্রীকৃষ্ণনা পঞ্চ তত্ত্ব (তত্ত্ব মতা) ওইনা শক্লোন পুথোকই, গুরুগী মশক ওইনদি শক্লোন পুথোক্তে; তত্ত্ব-মতানা শ্রীচৈতন্যগা লোঙননা অকতায় তৌথগুম্না গুরুদি তৌদে। গুরুদেবনা কন্নাতবা শিষ্য অমবু দীক্ষা তৌবিবা (লাইমিং লৌথিবা) মতমদা গুরুগী অশেংবা থমোইদা শ্রীকৃষ্ণনা ওম শক্তি হাপ্পিহুনা শিষ্য অহুবু মনীং থুংহল্লী—গুরুদা, লাইমিং লৌথিবা ওম্নবগী শক্তি অহু লীবি। ইবুংঙো মহাক্না থোইদোক-হেন্দোক্লা চান্নথোইবা ভক্তগী মশক ওইবা গুরুগী থমোইদা দীক্ষা দান তৌবিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি অমা হাপ্পী; অহুম ওইবা শক্তি অহু ওইনা, ইবুংঙো মহাক্না গুরুদা চংঙী; অমসুং গুরুদেবস্থ শক্তি অহুগী মওম্না দীক্ষা পীবা ওম্মী হাঙহুনা অহুম ওইবা শক্তি অহুবু মরুদদি গুরু কৌবা য়াই; মরম অহুনা পয়ার ১।১।১৫ দা হাঙজখরে শ্রীকৃষ্ণনা গুরু ওইনস্থ বিলাস ওই। মাসিগী ভাবত্তি অসিনি; ইবুংঙো মহাক্না গুরুগী থমোইদা চংহুনা লৈ, গুরুগী মণা হকচাং অহু ওইহুনা লৈত্তে।

শ্লোক। ২। অম্বয়নচিংবা শ্লোক ১।১।১৪ দা য়েংবিয়ু। শ্লোক অসিগী পঞ্চ তত্ত্ব অসিনি, (১) (ভক্তরূপ=শ্রীচৈতন্য) (২) (ভক্ত স্বরূপ=শ্রীনিত্যানন্দ) (৩) (ভক্তাবতার=শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র) (৪) (ভক্তাখ্য=শ্রীবাসনচিংবা) অমসুং (৫) (ভক্ত-শক্তিক=শ্রীগদাধর) শ্রীকৃষ্ণনা মতা অসি ওইনা শক্লোন পুথোকই।

অনুবাদ।—শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা স্বয়ংভক্তরূপনি, ভক্তস্বরূপ শ্রীনিত্যানন্দ, ভক্তাবতার শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, ভক্তাখ্য শ্রীবাসনচিংবা অমসুং ভক্তশক্তি শ্রীগদাধর—তত্ত্ব মতাগী অমার ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু) খুকমজরি। ২

স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণ একলে ঈশ্বর।
অদ্বিতীয় নন্দাত্মজ রসিক-শেখর॥ ৫
রাসাদি-বিলাসী ব্রজললনা-নাগর।
আর যত দেখ সব তাঁর পরিকর॥ ৬
সেই কৃষ্ণ অবতীর্ণ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
সেই পরিকরগণ সঙ্গে বস ধন্য॥ ৭
একলে ঈশ্বর তত্ত্ব চৈতন্য ঈশ্বর।
ভক্ত ভাবময় তাঁর শুদ্ধ কলেবর॥ ৮

অর্থ :—

ঈশ্বরদি স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণ মতোমদনি।
নন্দগী মখরাইনি রসিক শেখরনি ॥ ৫
ব্রজগী সুন্দীশিংগা রাসনচিংবা শান্নবনি।
গোপ-গোপী থিবিক অসি মাগী লোঈনবনি ॥ ৬
অদুম ওইবা কৃষ্ণ'হুনা চৈতন্য ওইররে।
অদুম ওইবা লোঈনবশিং'হুসু থোগাল্লরে ॥ ৭
চৈতন্য ঈশ্বর মতোমতনা—ঈশ্বর তত্ত্বনি।
ভক্তগী পুকচেল চেল্লী অশেংবা হকচাংনি ॥ ৮

## গৌর-কৃপা টীকা

৫—১০। পয়ার কয়ামুক অসিদা ভক্ত ওইবা তত্ত্বগী মরম পীজরি। রসিক-শেখর স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত ভাব লৌহুনা (ওইহুনা) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার তৌরয়ে; স্বয়ং ভগবান ওইরবসু ভক্ত ভাব লৌহুনা ভক্ত ওইনা অবতার তৌরে—ভক্তগী মশক নত্তবসু ভক্তগী ভাবতি লৌরে হাঙহুনা মহাকপু "ভক্তরূপ" (ভক্ত মশা) তত্ত্ব কৌই।

স্বয়ং ভগবান রাহৈগী অর্থদি অসিনি, শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্ব অমা তৌনীংলকপদা অতোপ্পা কুনাগুম্বা অমগী রা তাত্রবসু মতোমদনা তৌবা ওম্বা অদু স্বয়ং ভগবানি। মখরাইনি—মচানি; মাসিনা মহাক্কী মীওইবগী লীলাবু থগুনরি। রসিক-শেখর—শ্রুতিদা হায়রি "রসো বৈ সঃ"; রস চুম্নগী মরমদা থ্বাইদগী হেন্না হৈ-শিংবা। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপ-গোপী-শিংদা নবদ্বীপদা লাকুনা অবতার তৌরবা মতমদা শ্রীবৃন্দাবন ধাম অদু মুংহোবা লৈত্তে, মরোং তাবা লৈত্তে। মহৌশাদোনা মী মশিং হৈকাঙ-কাঙদনা অদুম লৈবনি লীলা শান্নবদা করিসু থাঙবা লৈতে। তৌনীংবতা তৌবা ওম্বা শ্রীকৃষ্ণনি।

কৃষ্ণমাধুর্য্যের এক অদ্ভুত স্বভাব।
আপনা আস্বাদিতে কৃষ্ণ করে ভক্তভাব ॥ ৯ ॥
ইথে ভক্তভাব ধরে চৈতন্যগোসাঞি।
ভক্তস্বরূপ তাঁর নিত্যানন্দ ভাই ॥ ১০
ভক্ত-অবতার তাঁর আচার্য্যগোসাঞি।
এই তিন তত্ত্ব সবে 'প্রভু' করি গাই ॥ ১১
এক মহাপ্রভু, আর প্রভু দুই জন।
দুই প্রভু সেবে মহাপ্রভুর চরণ ॥ ১২

অর্থ :—

কৃষ্ণ মাধুর্য্যগী স্বভাব অসি অঙকপনি।
মাহ্ চুপ্পবগীদমক ভক্ত ভাব লৌবনি ॥ ৯
অদুনা ভক্ত ভাব লৌই চৈতন্যগোসাঞিনা।
ভক্তগী মশক লৌই ভাদা নিত্যানন্দনা ॥ ১০
অদ্বৈত-আচার্য্যবু ভক্ত অবতার কৌই।
তত্ত্ব অহুম'সিবু খ্বাইনা প্রভু হাঙ্গনা কৌই ॥ ১১
অমনা মহাপ্রভু, অনিনা প্রভু কৌই।
প্রভু অনিনা মহাপ্রভুবু সেবা তৌই ॥ ১২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

হংবিবা য়াই শ্রীকৃষ্ণনা করি রাংতুনা ভক্ত ভাব ওইরিবনো? পাওখুম—ইবুংঙোগী করিম্ রাক্তে, মহাক্কী অঙকপগী মশক ওইবা মাধুর্য্য অদু চুপ্নীংবগীদমক্তি, ভক্ত-ভাব লৌরবদি মাহ্ চুম্না ঙমদে। ভক্তগী মশক নচিংবা—শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ময়াম্বুং ওইরবস্ ভক্তনি হাঙ্গনা নীংবা মরম্না মহাক ভক্তগী মশক ওইবা তত্ত্বনি।

১১। ভক্তাবতারগী মরমদা হাঙ্গজরি, শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য অসি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তাবতারনি (শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনা অবতার তৌবনি); মরম ওইবা ভক্ত তত্ত্ব শ্রীবলরামগী অংশ-কলা-না অবতার তৌবনি হাঙ্গতুনা মহাকপু ভক্তাবতার কৌই। ভক্তাবতার য়াহৈগী তশেংবা অর্থদি ১।৬।৮৪ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। তত্ত্ব অহুম—ভক্ত রূপ তত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, ভক্ত স্বরূপ ওইবা তত্ত্ব শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং ভক্তাবতার তত্ত্ব শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য—তত্ত্ব অহুম অসি ভক্তভাব ওইরবস্ প্রভুনি, মরম্দা ঈশ্বর তত্ত্বনি।

১২। প্রভু অহুম অসিগী মধুংদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মহাপ্রভুনি; মরমদি, ইবুংঙো মহাক্তি অনিগুদবা অমসুং মীচং-মীখাই নাইদবা অখোইবা ঈশ্বর ভগবাননি, অদুগা মখোয় অনিনা হাঙ্গবদি শ্রীনিত্যানন্দসা শ্রীঅদ্বৈতগনা প্রভুনি, মখোয়দি মহাপ্রভু কৌবা য়াদে;

এই তিন তত্ত্ব-সর্ব্বারাধ্য করি মানি।
চতুর্থ যে ভক্ততত্ত্ব—আরাধক জানি॥ ১৩

অর্থ :—

মী পুম্নমক্না তত্ত্ব অহুম'সিবু নীংনরি।
মরিশুবা ভক্ত তত্ত্বনা অনীংবা ওইরি ॥ ১৩

---

## গৌর-কৃপা টীকা

মখোয় অসি ঈশ্বরনিদি হায়রবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মতৌগুম্না স্বয়ং ভগবান নত্তে। মরম অদুনা প্রভু অনি অসিনা মখোয়গী মরু অংশী মহাপ্রভু—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণ সেবা তৌই।

১৩। মরিশুবা তত্ত্ব ভক্ততত্ত্ব হায়রিবা অসিনা প্রভু অহুম অসিবু নীংঙী। মী পুম্নমক্না নীংনরি—মাথে অসিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণমুক্ত মী পুম্নমক্না নীংই হায়বসি ফোংদোকই। গৌড়ীয়—বৈষ্ণব—সম্প্রদায়দা শ্রীশ্রীগৌর—নিত্যানন্দগা শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দগা চেকশিনবা মায়না নীংই; নত্রবদি ভজনদা (নীংবদা) অমসুং লীলা রস চুম্নদা মপুং ফাদে, মাসিগী কুপা নৈনরিবদি ২।২২।৯০ পয়ারদা ইতুনা লৈরে।

[illegible] নফিংবা—তত্ত্ব মক্তাগী মথুংদগী তত্ত্ব অহুমদি মী পুম্নমক্না নীংনবগী মশক [illegible] তত্ত্ব অনিগুম্না খাইদোক্লে। মথুংগী পয়ার ১৪/১৫ দা ভক্তাখ্য তত্ত্ব শ্রীবাসুনচিংববু "ভক্ত-ভক্ত তত্ত্ব" অমসুং ভক্ত-শক্তিক-তত্ত্ব শ্রীগদাধরনচিংববু "অন্তরঙ্গ ভক্ত" মথুংচনরা ভক্তনি হায়না উৎলে; অদুনা তত্ত্ব অনি অসিবু ভক্ত হায়কুবা মরম্না, অহানবগী মী পুম্নমক্না নীংনরিবা তত্ত্ব অহুম অসিবু মখোয় অনিনা নীংঙী হায়বা থগুনরে, অমসুং অনি অসিবু "মরিশুবা তত্ত্ব নত্রগা ভক্ত তত্ত্ব" হায়রগা থগুনরে।

[illegible] অমসুং ভক্ত শক্তিক অনি অসি শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাবনি (ফোংদোকুপনি), মরম অদুনা মখোয়দা ঈশ্বর তত্ত্ব ওইরবসু ঈশ্বর ওইবগী গুণ অদু কুপাশিনখরে, ভক্তগী [illegible] অথোইবা ওইনা ফোংদোক্লে; মরম অদুনা মখোয় অনিদি ভক্ত তত্ত্বগী [illegible] মখোয়না প্রভু অহুমদু নীংঙী (অনীংবা ভক্তনি); মখোয়না অতোপ্পা অমবু [illegible] মহাপ্রভুগী ফু ইস্তিবা লোইনবশিংদুদি নীংবগী থোকই।

শ্রীবাসাদি যত কোটি কোটি ভক্তগণ।
শুদ্ধ ভক্ত-তত্ত্ব মধ্যে সবার গণন॥ ১৪
গদাধর-আদি প্রভুর শক্তি-অবতার।
'অন্তরঙ্গ ভক্ত' করি গণন তাঁহার॥ ১৫
যাঁহা সভা লৈয়া প্রভুর নিত্য বিহার।
যাঁহা সভা লৈয়া প্রভুর কীর্ত্তন প্রচার॥ ১৬
যাঁহা সভা লৈয়া করেন প্রেম-আস্বাদন।
যাঁহা সাভা লৈয়া দান করেন প্রেমধন॥ ১৭

অর্থ :—

শ্রীবাসনচিংবা লৈরিবা ভক্ত কোটি অমু।
অশেংবা ভক্তগী মনুং চল্লী মখোঙ্গী অমু॥ ১৪
গদাধরনচিংবদি শক্তি অবতার নি।
মখোঙ্গীদি শিংথাবদা 'মনুংচনবা ভক্ত' নি॥ ১৫
প্রভুনা মখোঙ্গীগা নিত্তিগী শান্নখিন্নে।
মখোঙ্গীগা লোঙ্গীননা প্রভুনা কীর্ত্তন শন্দোক্লিন্নে। ১৬
মখোঙ্গীগা লোঙ্গীননা প্রভুনা প্রেমরস চুপামিন্নে।
মখোঙ্গীগা লোঙ্গীননা প্রভুনা প্রেম দান তৌমিন্নে। ১৭

---

## গৌর-কৃপা টীকা

১৪। পয়ার অসিদা ভ খ্য-তত্ত্বগী মবম পীজবি। শ্রীবাসনচি বা মশিং নাইদবা ভক্তশিং অসি ভক্তনি হাঙ্গীনা খণ্ডনরবা তত্ত্বনি। ভক্তিগী কৃপা অসি মখোঙ্গীদা ফোংদোকই হাঙ্গীন্নুনা মখোঙ্গীবু ভ ক্তনি হাঙ্গীনা খণ্ডনবে; মশম অমুনা মখোঙ্গী অসিবু ভক্তাখ্য হাঙ্গীনা কৌই। শ্রীবাস মত্তে মদবু পঞ্চতত্ত্ব ( তত্ত্ব মঙাগী ) গী মনুং চনবা নত্তে। "শ্রীবাস নচিংবা লৈরিবা ভক্ত কোটি কোটি" অসি ভক্ত তত্ত্বনি।

১৫। পয়ার অসিদা ভক্তশক্তিক্-তত্ত্বগী মরম পীজবি। শ্রীগদাধবনচিংবা অসি প্রভুগী শক্তিনা অবতার তৌবনি; মখোয় অসি ভক্তগী মনুং চল্লী হায়রুনা ভক্তশক্তিক-তত্ত্ব নি।১।১।২৩ পয়ারগী টীকাদা শ্রীগদাধরগী শক্তি-বিচাব ইরি, মাত্মদা য়েংবিয়ু। মনুং চনবা ভক্ত—প্রভুগী পুল্লিং খঙবা ভক্তনি।

১৬-১৭। শ্রীকৃষ্ণনা পঞ্চতত্ত্ব ওইরগা করি করি থবক তৌবগে হাঙ্গীবমু শয়রগা হাঙ্গীজরি। থবক কয়ামুক পাংথোক্লীংবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মশক তোঙান-তোঙান পুংখংলুই।

এই পঞ্চতত্ত্ব মিলি পৃথিবী আসিয়া।
পূর্ব্বপ্রেম-ভাণ্ডারের মুদ্রা উঘাড়িয়া ॥১৮
পাঁচে মিলি লুটে প্রেম করে আস্বাদন।
যত পিয়ে, তত তৃষ্ণা বাড়ে অনুক্ষণ ॥১৯
পুনঃ পুনঃ পিয়া পিয়া হয় মহামত্ত।
নাচে কান্দে হাসে গায় যৈছে মদমত্ত ॥২০

## অর্থ :—

তত্ত্ব মঙা তিন্নবা পৃথিবীদা লাক্তুনা।
ব্রজপ্রেম-ভাণ্ডারগী শো অহু হাংদোক্তুনা॥ ১৮
মঙা তিন্নহুনা প্রেমরস থিহুনা থক্রে।
থক্ল-থক্লগা থোরাংবা অসুম হেনগংলক্রে॥ ১৯
হন্না-হন্না থক্লা-থক্লগা ময়াই কায়ক্রে।
অঙাওবাদৌনা নোক্রে ঈশৈ শক্রে কপ্লক্রে॥ ২০

## র-কৃপা-টীকা

নিত্তিগী শায়মিন্নৈ—নিত্যলীলা শায়মিন্নৈ মথোয অসি-প্রভুগী নিত্যলীলাগী লোঙ্গনবনি। কীর্ত্তন শন্দোম্নিন্নৈ—লোঙ্গনবশিং অসিগা তিন্নহুনা জীবগী মঙ্গলগীদমক ( য়াইফনবগী-দমক ) প্রভুনা ফোংদোক্লা শায়বা লীলাদা নাম সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকই। প্রেমরস চুপ-মিন্নৈ—লোঙ্গনবশিং অসিগা তিন্নহুনা প্রভুনা ফোংদোক্লা অমসুং ফোংদোক্তনা শায়বা লীলাদা মশামক্লা প্রেমরস চুপ্পী অমসুং প্রেমরস চুপ্পগা লোঙ্গনা-জীবশিংবু ফোংদোক্লা শায়বা লীলাদা প্রেম দান তৌই।

১৮ ২০। পৃথিবীদা লাক্তুনা—জগৎতা অবতার তৌরগা। ব্রজ প্রেম-ভাণ্ডারগী—ব্রজলীলাগী প্রেম। শো—শিল মোহুর। পোৎ মাওদনবগীদমক থম্বা পুক্তৈদি শো লোন-শিন্নী। হাংদোক্তুনা—শো অহু লৌথোক্তুনা। য়াম্বৈ অসিনা খঙনম্নিবদি, ব্রজপ্রেম অহু ভাণ্ডার অমদা ( মুন অমদা ) মাওদনবগীদমক শো লোন্দুনা থমগী, ভাণ্ডার অহুগী শো অহু মমাংদৌদা ব্রজলীলাগী মতমদদি তত্ত্ব মঙাগী মথুৎতা লৈরমদে; অহুনা ভাণ্ডার মমুংদা লৈবা পোৎ অহু মথোয়না লৌহুনা চাবা ঙম্রমদে; অমদবা অহুনা চানিংবসু ঙামা হেক্লী। হৌজিক নবদ্বীপ লীলাদা ভাণ্ডার অহুগী শো অহু মথোয়না মতমে, মতমথমিনা হাংদোক্তুনা মথোয়না, থোরাকপা মীনা অইংবা ঈশিং মতমগা মুজোক থমা-থমা [illegible]

পাত্রাপাত্র-বিচার নাহি নাহি স্থানাস্থান।
যেই যাহাঁ পায় তাহাঁ করে প্রেমদান ॥২১

অর্থ :—

মতিক' চাবা-চাদবা বিচার য়েংদরে।
থেংনা-থেংনবা জীবদা প্রেমদান তৌবিরে॥ ২১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

থকপগুম্না ভাণ্ডারদা থম্লিবা প্রেমামৃত ব্রজপ্রেম অদু থিদুনা থকপা হৌরক্রে। হাইরিবা অসিগী ভাবতি অসিনি, ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী প্রেমগী মপু (বিষয়) ওইরম্লী অদুনা মলাই প্রেম অদু (আশ্রয়রূপে) চাবা ফংলমদে; তৌইগুবসু: বোজিক্তি শ্রীরাধাগী ভাব লৌদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইদুনা মহাক্না নবদ্বীপতা অবতার তৌরগে; শ্রীরাধাগী ভাব লৌবা অদুনা মনাই ওইদুনা (আশ্রয় ওইদুনা) ব্রজ-প্রেম অদু চাবা য়াগে; পো কনলে, অদুনা ভাণ্ডার অদু পো হাংদোক্লুনা নীংবা থুংনা প্রেমামৃত অদু চাবা হৌরক্রে। মতা তিন্নদুনা—পাক তত্ব তিন্নহেনা। আশ্রয় জাতিগী প্রেম ভাণ্ডারগী পো অসি শ্রীরাধাগী মালনাথা-ভাব-না ওই। মরম অসিনা পঞ্চতত্বগী মনুংদা অতোপ্পা তত্ব মরিদি আশ্রয় জাতিগী ভাব লৈরবসু তাম অদুগী থমথেংবদি শ্রীগৌরাঙ্গ মতোমতনি। ব্রজলীলাদা সখীমঞ্জরীশিংনা শ্রীরাধাগী আশ্রয়জাতিগী প্রেম চুমদা রস নোঙ্গননবগীদমক তেংবাংতী, অদুগুম্বদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা আশ্রয় জাতিগী প্রেম চুমদা অতোপ্পা তত্ব মরিনা রস লোঙ্গননবগীদমক তেংবাংতী অমসুং তেংবা বদা মখোইসু নীংবা থুংনা রস চুম্না ওন্নী। থক্ক-থক্কলা—ঈশিং থৌরাংবা মীনা ঈশিং থক্কবদি থৌরাংবা অদু ফররকইপ (কোকই); তৌইজবসুং ব্রজপ্রেমগী অতকপা মগুণ অমা লৈ মাহুদি, থৌরাংডি হাইদুনা অদুকী মতিক থক্করগা অদুকী মতিক থৌরাংবা হেনগৎলকই থৌরাংবা অদু অমুম অমুম হেকললতুনা থক্কীথনা অঙাওবা ওইরকই (ময়াই কাবকই)। হম্না-হম্না—প্রেমরস হম্না হম্না চুমদা থৌরাংবা তেঙ্গিল্লতুনা পঞ্চতত্বগী মহুংদা ময়াই কাবা অমা কাওরক্রে; ময়াই কারকপা অদুনা মখোয়না কলিগুমদা নোক্লকই, কলিগুমদা নাম-লীলামৃতিবগী মহমদা ইকৈ শরুরকই, জগোই শারকই অঙাওবগী মতোঙম। “হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায় ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ। শ্রীভা, ১১।২।৪০।”

২১। মখোয় মশামথৈনা প্রেমামৃত থক্লোকপা নত্তে; মখোয় পুদিংমক্ত-মতিক চাবা চাদবা, মফম য়াবা মফম য়াদবগী বিচার ইতৌ-তৌদনা—থেংনা-থেংনরবা মফমদা অমং-অমদবা মীবু প্রেমামৃত পীবিরে। হাকথেংনকবা থেংনবা মখোনা প্রেম দান তৌবিরে।

লুটিয়া খাইয়া দিয়া ভাণ্ডার উজাড়ে।
আশ্চর্য্য ভাণ্ডার,—প্রেম শতগুণ বাড়ে ॥২২

অর্থ :—

চাথোকপা পীবগদা প্রেম ভাণ্ডার উজাড় শারে।
অঙকপা ভাণ্ডারনি প্রেম শরুক চামা হেনগৎথরে॥ ২২

## গৌর-কৃপা-টীকা

মতিক চাবা-চাদবা বিচাব—পণ্ডিত মূর্খ, ঈনাকখুনবা লাইরবা, ব্রাহ্মণ চণ্ডাল, হিন্দু হিন্দু নত্তবা, পাপী পুণ্যাত্মানচিংবগী বিচার করি অমত্তা থিরদনা প্রেমদান তৌবিরে। মরাল লৈবা মীবু মতৌ করম্না প্রেমদান তৌবগে, মাহুগী মরমদি পয়ার ১।৮।২৭ কী টীকাদা য়েংবিয়ু। মফম য়াবা-য়াদবগী হাঙ্গবদি দেব-মন্দিরনচিংবা গঙ্গা-মপান্নচিংবা মফম্ নাইরুদনা খুন্নক-লৈরক্তা, কৈথেল্দা, লবুক্তা ওইরবস্থু থেংনা-থেংনরুবা মফমদা, উন-উনরুবা মী অহদা প্রেম পীবি। প্রেমদান—প্রেম ফংবগী মরমদা মতিক চারে-চাড্রি হাঙ্গবসি খণ্ডননবা মাপকী-চৈদি শাগৈ-নাত্তৈনা, শেন-থুম্না মাপ-চৈ ওইবা য়াদে, পুক্নিংগী ফিবম্না মাপ-চৈ ওইগদবনি। পুক্নিংদা অপরাধগী মশক ওইবা, ফংতবা পান্নিবমথৈ, ভুক্তিমুক্তি পান্নিবা মথৈ প্রেম ফংবা ঙমদে। শ্রবণকীর্ত্তনচিংবা সাধন ভক্তি কম্না তৌহনা পুক্নিং ফত্তবা অহ্ কোক্নগা ভগবৎকৃপাদগী প্রেম পোকই। নাম-শ্রবণ তৌরবদি পুক্নিং থমোই মোংপা শেংদবা অহ্ কোকই।২।২২।৫৭॥ তৌইগুম্বস্থং শ্রীমন মহাপ্রভুগী ফোংদোক্না শান্নবা লীলাগী মতমদদি মী অহগী পুক্নিংগী পরিক্ষা লৌদে, প্রভুনা চানবিহনা অমস্থং মহাকী অঙকপা শক্তিগী খুদা, কনাগুম্বনা প্রভুগী মচিন্দা হরিনাম শোনবা অহ্ তারবদি নত্রগা ইবুংঙো মহাকী হকচাং উজবা ফংবদা লাইবক ফবা হাঙ্গবহ্ ওইত্নুনা মী অহগী পুক্নিংগী অমোংপা অহ্ কোকখিহনা খুদকমক্তদা কৃষ্ণ প্রেম ফংঙী। প্রেমদান তৌবগী মরমদা প্রভুগী অমস্থং লোঙ্গনবশিংনা মতিক চাবা-চাদবা থিবা তৌদে। ইচম-চম্না মী ফাওবদা ব্রজ প্রেম পীথোকই। মতৌ অসিদা গৌরলীলাগী অঙকপা অমা ওই। ১।৭।৩৫ অমস্থং ১।৮।২৭ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

২২। চাথোকপা—প্রেম অহ্ থিহনা চাথোকপা, ভাণ্ডার—পুকৈ, লন্ থৈ। পীবগদা মশা মশানা চারগা তোকপা নত্তে, থেংনা-থেংনরুবা মীদস্থু প্রেম অহ্ দানস্থু তৌথোকই। মতৌ অস্থুম্না মথোয়না তৌবা অসিদা প্রেম-ভাণ্ডার অহ্ (প্রেমগী পুকৈ অহ্) উজাড় শারে—পুকৈ অহ্ শূন্য ওইফন থোক্নবনি; খাইগ্না পুকৈগুম্না ওইরবদি নীংতৌনা চাথোকপগা পী-থাক্পগা তোবদা পুমকং-কংলগদবনি, গুক্রে লৈরমোইদবনি; ভাণ্ডার অহদগী

উথলিল প্রেমবন্যা, চৌদিকে বেড়ায়।
স্ত্রী বৃদ্ধ বালক যুবা সভারে ডুবায়॥ ২৩
সজ্জন দুর্জ্জন পঙ্গু জড় অন্ধগণ।
প্রেমবন্যায় ডুবাইল জগতের মন॥ ২৪
জগত ডুবিল, জীবের হৈল বীজ নাশ।
তাহা দেখি পাঁচ জনের পরম উল্লাস॥ ২৫

অর্থ :—

মাইকৈ মরিদা প্রেমগী ঈথক হৌরক্লে।
নুপী অঙাং পাথং হনুবা পুন্নমক লুপ্লে॥ ২৩
সাধু পাপী খোংতেক মিৎতাং অশোন অনাববু।
প্রেমগী ঈথক্তা লুপহল্লে জগৎকী মীশিংবু॥ ২৪
জগৎ লুপ্লবদা জীবগী মায়া কোকথরে।
মাদু উবদা মঙানা য়াম্না নুংঙাইজরে॥ ২৫

## গৌর-কৃপা টীকা

অঙকপা গুণ অমা লৈরম্বনা ভাণ্ডার অদুদগী পোৎ লৌথোক্লগা হেন্না হেন্না থনগৎলকই। শরুক অমা লৌথোক্লগা প্রেম শরুক চামা-চামা হেনগৎলকই। অসুম অসুম হেনগৎলকপা অসিনা মমৈথংদদি হাঙৈকম খঙদনা ইথক চাউনা চাউনা হৌরক্লে।

২৩—২৪। প্রেমগী ঈথক হৌরবদা মাইকৈ মরিদা, মাইকৈ পুন্নমক্তা চেন্নরক্লে, মাদুনা নুপী-নীপা অঙাং হনুবা হনুবী পুন্নমক প্রেমগী ঈথক অদুদা লুপথরে। মশা অফবা পাঙ্গন কনবা মী, অশোন অনা, পাপ য়াম্না তৌরকদুনা মখোং-মখুৎ তেক্লবা মীনচিংবা শম্না হাঙৈরবদা জগৎতা লৈরিবা মী পুন্নমক প্রেমগী ঈথক অদুদা লুপথরে। প্রেম কংজবদা মতিক চাবা মীশিং কৃষ্ণ প্রেমদা ময়াই কাথবে; অহানবদা প্রেম কংবদা মতিক চারমদবশিং অদুসু তত্ত্ব মঙাগী ( পঞ্চ তত্ত্বগী ) কৃপানা মখোয়সু মতিক চাবা ফংদুনা কৃষ্ণ প্রেমদা ময়াই কাথরে।

২৫। মায়া কোকথরে—সংসারগী মায়ানা পুল্লবা অদু কোকথরে; অয়ান খুবম ফংখরে। মঙানা—তত্ত্ব মঙানা।

লবুক্তা হৌরম্বা মহৈ-মরোং ফৌনচিংবা অদু ঈশিং ঈচাও অমা লাকুনা পুমথুম থুমখরবদি চান্না পুন্নমক অদু মাঙলে, শিরে, মরু ওইনা পোকখাইদনা লৈরম্নবসু মাঙলে, অদুগুমদুনা জীব পুন্নমকসু প্রেমগী ঈথক্তা লুপ্না মরম্না মখোয় সংসারগী মরু অদু ( সংসারদা পোক্ল-শিন্না তৌননবগী মরম ওইবা অপুনবা মায়া অদু ) মাঙথরে; মায়াগী পক কুক্তা

যত যত প্রেমবৃষ্টি করে পঞ্চজনে ।
তত তত বাড়ে জল ব্যাপে ত্রিভুবনে ।। ২৬
মায়াবাদী কর্ম্মনিষ্ঠ কুতার্কিকগণ ।
নিন্দক পাষণ্ডী যত পড়ুয়া অধম ।। ২৭
সেই সব মহাদক্ষ ধাঞা পলাইল ।
সেই বন্যা তা সবারে ছুঁইতে নারিল ।। ২৮

অর্থ :—

অহুকী মতিক প্রেম-নোং চুহনথি মী মঙানা ।
মাহুনা মরোল অহুম থুম্রে ঈশিং ঈনোংনা ।। ২৬
মায়াবাদী থবক-পান্না কুতর্কা মীশিংনা ।
নিন্দা তৌমনবা পাষণ্ডী অকোনবা ছাত্রনা ।। ২৭
পূন্নমক অসিনা অশিংবা শাহুনা চেনখরে ।
মখোয়বু প্রেমগী ঈথক'হুনা শোকপা ঙমদরে ।। ২৮

---

গৌর-কৃপা-টীকা

গৌরুগা হুদয়-হুন্না চংপা অহু কোকখরে, অরান খুবম ফংখরে । থাঙ্গৈশংবমক, কৃষ্ণ প্রেম, কংলবসি সংসারগী মায়ানা পুনবা ঙমদে ; নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবনমু সংসারগী অপুনবা কোকই । ৩ । ২০ । ১০ ।। মুংঙাইজরে—পঞ্চ জননা অন্নাবা পূন্নমক অসি কোকপা উবদা মুংঙাইজরে ।

২৬ । প্রেম নোং —প্রেম পীবিববু ( দান তৌববু ) নোংগা চাংদমন্নবগী মন্নমসি অসিসি, অন্নাংবা অনেম্বা, অশেংবা অমাংবা, ঈশিং কংকাল—পুন্নমক অসিদা নোং তাই ; অহুগুম্না, ব্রাহ্মণ, চণ্ডাল, হিন্দু, হিন্দু নত্তবা, নুপী-নীপা, অঙাং-হন্নুবা, ঈনাক খুনবা-লাঈন্নবা, পণ্ডিত-মূর্খ, পাপী, সাধু পূন্নমন্না তত্ব মঙাগী মফমদগী প্রেম কংঙী ।

২৭—২৮ । প্রেমগী ঈহৌরকপনা মরোল অহুম থুন্নবমু, মী খরসি ঈহৌরকপা অহু উবদা মুংশামগী হোন্দুনা চেনখি, মাহুদা প্রেমগী ঈহৌরকপনা মখোয়বু শোকপা ঙমদে । মখোয়গী মমিংসি পয়ার ২৭ দা ইরি ।

মায়াবাদী—শঙ্করাচার্য্যগী মোং মতুংইন্না চংপা জ্ঞান মার্গগী মীশিংসি ; মখোয়সি জীবদা ঈশ্বরগা তৈনন্নিবা মরী, মপু মনাই থোকপা ( হাইবসি জীবনা ঈশ্বরবু সেবা তৌব )

তাহা দেখি মহাপ্রভু করেন চিন্তন।
জগৎ ডুবাইতে আমি করিল যতন। ২৯

অর্থ :—

মাহু উবদা রাখন ত্রৌই মহাপ্রভুনা।
জগৎ লুপ্‌হনগে হাঙৈদুনা হোৎনবনি ঐনা॥ ২৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অসি য়ানীংদে, অহুনা মখোয়দি প্রেম ভক্তি ফংবা ঙমদে। থবক পাম্বা—হকচাংগী লুংঙাইনবগীদমক থন্দুনা থবক্তা পুক্নিং চংঙী, অহুনা থবাক্তা অমানি হাঙজিনা লেপ্পা মখোয় অহুনা ভক্তি মার্গ চংনীংদে। ফত্তবা মীনা—ফত্তবা মীনা মরৈ য়েংপা পাম্বনিনা প্রেম ভক্তি ফংবা ঙমদে। ভগবানগী মগুণ শিংখাবদা লোইবা নাইদনা লৈবা অসি, ফত্তবা মীনা থাজবা ঙমদে, ঈশ্বর লৈ হাঙৈবস্মু থাজবা ঙমদে। নিন্দা তৌগনবা—নিন্দুক, মীবু কক্কপা য়েংথিবা, থীনা ঙাংনবা পাম্বা মী অহু নিন্দুক কৌই। অসিগুম্না, মীবু থীনা ঙাংনবা পাম্বা মীগী থমোইদা, ভক্তি দেবীনা চংনবগী মফম লৈত্তে; অহুনা মখোয়না প্রেম ভক্তি ফংবা ঙমদে। পাষণ্ডী—নাস্তিক, ভগবানবু থাজদবা। ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি প্রেম ভক্তি ফংবা ঙমদে। অতোনবা ছাত্রনা—ছাত্রশিংগী মনুংদা অতোনবা ছাত্র। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মতমদা নবদ্বীপ্তা অতোপ-অতোপ্পা টোলদা (স্কুলদা) ছাত্র য়াম্না লাইরিক তম্লম্মী, মখোয় অহুগী মনুংদা মরৈ যেংকনবা ফত্তবা মী, নাস্তিক, নিন্দা তৌগনবা মী য়াওরম্মী, মখোয় অহুবুনি 'অতোনবা ছাত্র' হাঙৈরিবসি; মরমদি, ভক্তি শাস্ত্রগী মতুংইন্না কৃষ্ণদা ভক্তি লৈবনা মহৈতম্বগী মরু ওইবা অপাম্বনি; "মীনা কন্নিগী লাইরিক তম্লিবনো"? কৃষ্ণ ভক্তি খণ্ডনবগীদমক্নি। মাহু নত্রবদি, মহৈনা করি তৌনগনি॥ চৈতন্য ভাগবত। আদি। ৮ শুবা অঃ॥" মরম অহুনা কৃষ্ণ ভক্তিবু মরু ওইবা মহৈনি হাঙৈনরিবনি। করম্বা মহৈনা অখোইবনো, হাঙৈ প্রভুনা। রায়না হাঙৈ, অতৈ মহৈ লৈত্তে ভক্তি নত্তনা। ২।৮।১৯৯॥" মরম অহুনা লাইরিক তম্লিবা ছাত্র পুম্নমক অহুনা কৃষ্ণ ভক্তি চংতহন্না ভক্তিগী য়েক্নবা মরৈ য়েংপা, থীনা ঙাংনবা, নাস্তিক ওইদুনা লৈরবদি মখোয়না মহৈ তম্বা অহু অরেম্বদা তারে কন্নিশু কাম্নবা ফংদরে, অহুনা মখোয় অহুবু অতোনবা ছাত্র হাঙৈবদা কন্নিশু হাঙৈমনবা থোক্তে। অহুগুম্বা মীশিং অহুনা প্রেম ফংবা ঙমদে।

মায়াবাদী, থবক পাম্বশিং অসিবু প্রেমগী ঈথক্কা লোকপা ঙমদে; হাঙৈবদি প্রেম ফংবা ঙমদে; পুকচেল্ ফত্তবা, ঈশ্বর থাজদবনচিংবা রাখম্না খুমহৎখিদুনা প্রেম ফংনবগী উপায়গী মখক ওইবা শ্রীশ্রীনাম-সঙ্কীর্তন তৌনীংবগী—ভাব চংবা ঙমদে। পুম্নমক অসিবা—মায়াবাদী-নাস্তিকনা।

কেহ কেহ এড়াইল প্রতিজ্ঞা হৈল ভঙ্গ।
তা সভা ডুবাইতে পাতিব কিছু রঙ্গ॥ ৩০
এত বলি মনে কিছু করিয়া বিচার।
সন্ন্যাস আশ্রম প্রভু কৈলা অঙ্গীকার॥ ৩১
চব্বিশ বৎসর ছিল গৃহস্থ আশ্রমে।
পঞ্চবিংশতি বর্ষে কৈল যতি ধর্ম্মে। ৩২

অর্থ :—

মী খরদি চেনখ্রবনিনা রাশকপা কাঙ্গৈরে।
পূন্নমক লুপ্না য়ানবা লৌশিং তৌবা তারে॥ ৩০
অসি হাঙ্গৈদুনা পুক্কিংদা বিচার তৌদুনা।
লম্বোইরগে হাঙ্গৈনা রাশক্রে মহাপ্রভুনা॥ ৩১
চহি কুন্নরি মুমপানবা ধর্ম্মদা লৈরম্মী।
চহি কুমগা চংলকপদা লম্বোইখিরম্মী॥ ৩২

## গৌর-কৃপা-টীকা

২৯–৩০। মাহৎ উবদা—মায়াবাদীশিংনা চেনখ্রে হাঙ্গৈবা (হাঙ্গৈবদি প্রেম কংত্রে হাঙ্গৈবা) উবদা। লুপ্‌হনগে—প্রেমগী ঈথক্তা লুপ্‌হনগে; পূন্নমকপু প্রেম পীগে। চেনখ্র-বনিনা—প্রেম কংত্রবনিনা। রাশকপা—পূন্নমকপু প্রেম পীগে হাঙ্গৈনা রাশকপা।

৩১। অসি হাঙ্গৈদুনা—প্রভুগী পুক্কিংদা অসি হাঙ্গৈদুনা (রাখন তৌদুনা)। বিচার তৌদুনা—পুক্কিংদা লম্বোইরগে হাঙ্গৈনা রাখন তৌদুনা, ১।১৭।২৫৩—২৬০ পয়ারদা শন্দোক্লা ইরি। মাহগী ভাবতি অসিনিঃ - ছাত্র-নচিংবা মী খবনা ঐবু নিন্দা তৌই (নোক্লে)।—মাহুদা মখোঙ্গৈগী থমোইদা পাপ অহু কোকথোক্রুবদি ভক্তি পোকপা য়ারোই; মখোয়গী পাপ অসি কোক্লনবা করিগুম্বা উপায় অমতা উত্রে। ঐত্তোন্দা অমুক্তং খুরুমজরবদি খুরুমজবা অতুনা মরম ওইদুনা পাপ কোকচগদবনি; তৌইগুম্বস্তং হৌজিক লৈরিবা কিভম অসিদদি ঐঙোন্দা মখোয়না খুরুম্নরোই। ঐনা লম্বোইরবদি, লম্বোইবনি হাঙ্গৈবগী রাখন্দা মখোয়না ঐঙোন্দা খুকম্বা য়াই। "মরম অসিনা শোঙ্গৈদনা ঐ লম্বোইবা তারে। লম্বোইরবদি ঐঙোন্দা খুরুম্নকপা তারে। খুরুমজবদা পাপ পূন্নমক কোকচখিগনি। থম্মোই শেংজরবদি ভক্তি পোকচরকনি॥ ১।১৭।২৫৮—৫৯॥" মতুং পয়ার ১।৭।৩৫ দা য়েংবিয়ু।

৩২। চহি কুমগা অসিনচিংবা—মধ্য-লীলাগী অহানবা মতাংগী থওবা ওন্মী—"চহি কুন্নরিগী মমৈদা য়াকচাং থাদা। প্রভুনা লম্বোইখি—খা পানখৎলকপদা॥ ২।১।১১॥"

## গৌর-কৃপা-টীকা

পয়ার অসিদা "চহি কুম্মরিগী মমৈদা" রাহৈ অসিনা "চহি কুম্মরিগী মমৈ হাঙ্গবদি মপুং ফারবদা মাহুগী মতুংগী হাঙ্গবদি কুম্মণ্ডা চংলকপগী" অম্মা অর্থ তৌববদি, চহি কুম্মণ্ডাগী (হাঙ্গবদি শক ১৪৩২ গী) রাকচাং থাঙ্গ পানথংলকপদা প্রভুনা লম্বোইখি। মতৌ অম্মা অর্থ তৌরবদি পযার অসিদ্ধ যাওরিবা "চহি কুম্মণ্ডা" রাহৈগা অর্থ তিন্নরে; মতৌঅমসুং অতোপ-অতোপা প্রমাণ তৌহনা থম্মররবদি সিদ্ধান্ত অসিগা পরুগনি নীংদে। শ্রীমুরারি-গুপ্তনা লেংবা শ্রীশ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য-চরিতামৃতম না হাঙ্গরি—"ততঃ শুভে সংক্রমণে রবেঃ ক্ষণে কুম্ভং প্রয়াতে মকরাৎ মনীষী। সন্ন্যাস-মন্ত্রং প্রদদৌ মহাত্মা শ্রীকেশবাখ্যো হরয়ে বিধানবিৎ ॥ ৩। ২। ১০ ॥" শ্লোক অসিগী ভাব লৌহনা শ্রীলোচনদাস-ঠাকুরনা মহাকী শ্রীচৈতন্য-মঙ্গলদা হাঙ্গরি – "মুণ্ডন করিয়া প্রভু দেখি শুভক্ষণে। সন্ন্যাস করয়ে শুভদিন সংক্রমণে ॥ মকর নেউটে কুম্ভ আইসে হেন বেলে। সন্ন্যাসের মন্ত্র গুরু কহে হেন কালে ॥ মধ্যখণ্ড ॥"

রাকচাং থাগী অরোইবা মুমিত্তা সূর্য্যদেবনা (মুমিৎনা) মকব রাশিদগী কুম্ভ রাশিদা চংখি; মরম অসিনা উৎলিবা প্রমাণ অনি অসিদগী পুন্নিংনা নীংঙী, রাকচাং থাগী অরোইবা মুমিত্তা প্রভুনা লপোইখি। তৌইগুম্বসুং করম্বা শকী (শকাব্দগী) রাকচাংগী অরোইবা মুমিত্তা ইবুংঙোনা লম্বোইখিবগে? শ্রীমন মহাপ্রভুনা চহি নিফুনিপাত্তমক ফোং-দোক্লা লীলা শারবম্মী। অতুগী মন্নুংদা "চহি কুম্মরিনা প্রভুনা যুমদ শান্নরম্মী।২।১।১০॥ চহি কুম্মরি যুমপানবা ধর্মদা লৈরম্মী। ১। ৭। ৩২॥" প্রভুনা লম্বোইবগা চহি কুম্মরি লৈরম্মী ॥ ২। ১। ১২॥" চহি কুম্মণ্ডাগী (শক ১৪৩২ গী) রাকচাং থাদা প্রভুনা লম্বোইখি হাঙ্গনা পুন্নিংনা নীংলবদি থাগৈশেংবা চহি কুম্মণ্ডানা যুমদা লৈবা অমসুং লম্বোইত্রনা লৈবনা চহি কুনহুমদোইদমক (১৪৫৫-১৪৩২ = ২৩) লৈবা তা ম; অস্থুম হাঙ্গনা নীংলুরবদি লাইরিক অসিদা হাঙ্গরিবগা চুনদবে, তৌইগুম্বসুং চহি কুম্মরিগী (শক ১৪৩১ গী) রাকচাং থাদা লম্বোইখি হাঙ্গনা নীংলবদি যুমদা লৈবগী মতম অসি চহি কুম্মরিমক ওইবা তারে। মবম অহুনা "চহি কুম্মরিগী মমৈদা রাকচাং থাদা" রাহৈগী অস্থুম হাঙ্গনা অর্থ তৌকম থোকই :— চহি কুম্মরিগী অরোইবা শরুক্তা (শক ১৪৩১ দা) রাকচী থা।" হাঙ্গবদি শক (শকাব্দ) ১৪৩১ গী রাকচাংগী অরোইবা মুমিত্তা প্রভুনা সন্ন্যাস ওইখি (লম্বোইখি)। অদু ওইরবদি নৈরম্মিবা পয়ার অসিগী "চহি কুম্মণ্ডা চংলকপদা লম্বোইখিরম্মী" রাহৈগী অর্থ অম্মা ওইবা তরে : –"চহি কুম্মণ্ডা চংলকপগী হৌগংলকপদা।" মথক্তা হাঙ্গখ্রিবা অসিদগী থগুবা তম্মী. শকাব্দ ১৪৩১ গী রাকচাং অরোইবা মুমিৎ অদু-শুক্লপক্ষ পানথংলকপা ওইরম্মী; পাঞ্জীনা চুম্না খোংতুনা পাহুনা য়েংবদা অরোইবা মুমিং অদু পূর্ণিমা মুমিৎসু ওইরম্মী, প্রভুনা শক ১৪৩১ গী রাকচাংগী সংক্রান্তি পূর্ণিমা মুমিত্তা লম্বোইখিরম্মী। পাঞ্জীনা খোত্তুনা য়েংবদা অসিমক থগুবী, শক ১৪০৭ বী ফিরেন থাগী তারিখ ২৩ দা প্রভুনা ফোংদোকপা পোকপা মুংচিং;

সন্ন্যাস করিয়া প্রভু কৈল আকর্ষণ।
যতেক পালাঞাছিল তার্কিকাদিগণ॥ ৩৩

অর্থ :

প্রভুনা লম্বোইরগা মাঙোন্দা চিংসিনবিরে।
মরৈ য়েৎকনবশিং চেনখিব'তু লাকশিনবিরে॥ ৩৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

মরম অসিনা শক ১৪৩১ গী কৈয়েন ২৩ নি পানবদা প্রভুগী লীলাগী চহি কুমরি লোইরহুনা কুম্মঙা চংবা হৌরে; মরম অদুনা লম্বোইবগী তাবিখপু চাউরাক্লা চহি কুম্মঙা চংবা হৌরকপদনি হাঙৈবা য়াই; খেন্নরিবদি মুমিং ২৩ নিদনি। অষ্টকাল স্মরণী তৌবা ভক্তশিংনা য়ুম পাম্রিবা কৈশোর শ্রীগৌরাঙ্গবু নীংনৈ।

৩৩। চিংসিনবিরে—প্রভুনা শন্দোক্লিবা ধর্ম্ম অদু লৌহন্নীংলে। চেনখিব'তু—প্রভুনা প্রেম শন্দোরকপদা লৌনীংদহুনা চেনখিবশিং অদু। মরৈ য়েৎকনবশিং—ঈশ্বরবু থাজদবশিং।

শ্রীমন মহাপ্রভুনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী মবমদা মহাকী য়াম্না নক্লবা ইমুং-মন্নুংগী মীশিংবু অরাবা ঈপাক্তা থাদবম্লগা, মুংঙাইরবা য়ুম-কৈ সংসার থাদোক্তুনা চৎখরে—ইবুংঙো মহাকী চংজফম লৈজত্রবী মমা হন্নুবী, মপুরোইবা লৈথিদবগী অরাবা মৈচাক কোক্ত্রিবী; মচানীপান শিখিবগী অরাবা কোক্ত্রিবী অমসুং অদুগী মতুংদা গুণ খিবিক্লা তিল্লবা মচা বিশ্বরূপ-না লম্বোইখিবদা থমোই কাঙৈদুনা লৈবিবী অমসুং অমতা ঙাইজববা মচা নিমাইগী মাইথোং থম্বান য়েংজদুনা য়া-না পুন্সি লেঙ্গবিবা অমসুং শেংনা-চাননবগী মরমদা য়েং-সিনবিনবা মহাকী মন্নুংগী মী ওইবা কনা অমতা লৈজত্রবী, অদুম ওইবা চংজফম লৈজত্রবী মমাবু থাদোক্তুনা চৎখবে—মী পূম্নমক্না উবা ফংলিবা অমদি—চহি ঈকুই-কুইদনা অনিশুবদা লুহোংঙবা শ্রীমতী বিষ্ণুপ্রিয়া দেবী চহি য়ামজদ্রিবী ফজবদসু হাঙৈনীংঙাই লৈতবী ইবেম্মবু অরাবগী ঈপাক্তা হুম্থবিরম্লগা চৎখরে—মতম অদুদা মীনা উবা ফংঙী - প্রভুনা নবদ্বীপকী পণ্ডিত সমাজগী মকোক ওইবা অমসুং ভারতা ফাওরবা দিগবিজয়ী পণ্ডিতশিংগা বুদ্ধি বিচাব তৌনবদা মাইপাকপা ফংবা; শেন-থুম, মিংচৎনচিংবা ইবুংঙো মহাক্না তানসিন্নম্বা পূম্নমক অদু অমাংবগুম্না (থীদৌনা) থাদোক্লমগা মহাক্না লৈত-লাইরবা কাঙালগী ফিজ্জেৎ শেত্তুনা লম্বোইথরে। মতম অদুদা মী পূম্নমক্না মাহু উবদা ভাব তারক্তুনা, নিমাই পণ্ডিত্তি ধর্ম্মগী য়েক্লবনি হাঙৈরম্বা, সমাজগী য়েক্লবনি হাঙৈরম্বা মখোয় পূম্নমক অদু চেনসিন্নক্তুনা ইবুংঙো মহাকী, মতুং ইন্নরে, চরণ থাদা চংজরে।

পড়ুয়া পাষণ্ডী কর্ম্মী নিন্দকাদি যত।
তারা আসি প্রভু-পায় হয় অবনত॥ ৩৪
অপরাধ ক্ষমাইল, ডুবিল প্রেমজলে।
কেবা এড়াইবে প্রভুর প্রেম-মহাজালে॥ ৩৫

অর্থঃ—

ছাত্র পাপী কর্ম্মীশিংনা প্রভুদা চংজরে।
মখোইনা লাকুনা প্রভুদা খুরুমজররে॥ ৩৪
মরাল অহু ঙাকপিরে লুপ্লে প্রেমগী ঈশিংদা।
কনানা নাম্বোক্কনি প্রভুগী মহালাংদা॥ ৩৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৪। ছাত্র—টোলগী ছাত্র। পাপী—ঈশ্বর থাজদবা। কর্ম্মী—কর্ম্মমার্গদা পুক্লিং লুপ্নবা মীশিংনা। প্রভুনা য়ুমদা লৈরিঙৈগী মতমদা ছাত্র, পাপী কর্ম্মীনচিংবশিংনা ইকুঙো মাবু নিন্দা তৌরম্বা অহু, প্রভুনা লম্বোই'বগী মতুংদা মখোয় পুম্নমক চেনশিনকুনা খুরুমজররে।

৩৫। মরাল অহু—মহাপ্রভুদা থীনা ঙা'নরুবগী মরাল অহু। ঙাকপিরে—প্রভুনা ঙাকপিরে। প্রভুবু নিন্দা তৌকবদগী (নোক্লরু-দগী) পাপ চংখিবশিং (মরাল লৈরবশিং) অহুনা প্রভুগী চরণ থাদা চংজরবদা ইবুংঙো মহাক্না মখোয়গী মরাল অহু ঙাকপিরে অমস্থুং মরাল অহু ঙাকপিরবা অহুদদি লুপ্লে প্রেমগী ঈশিংদা—ভগবৎ-প্রেম-সমুদ্রদা লুপ্লে। পূকচেন চাওবা ভক্ত অমবু নোক্লরুবগী মবাল লৈরবদি মী অহুগী থমোইদা ভগবৎ-প্রেম-ফাওবা ঙমদে। কনানা নাম্বোক্কনি—প্রভুনা প্রেমগী লাং শন্দোক্লা থাক্লিবা অহুদগী কনানা নাম্বোক্কুনা লাপ্না লৈবা ঙমগদগে কনা অমতম্থু চেম্বোক্কুনা থাপ্না লৈবা ঙমদে।

মক্কম অসিদা য়াহং অমা লাকপা য়ারে—প্রেমদান তৌবিগে হাঙবগীদমক মহাপ্রভুনা অবতার তৌরগা, কনাগুম্বনা নিন্দা তৌরগ। মখে.ঈগী মরাল লোক্লরিবা করিগীনো অমস্থুং নিন্দা তৌরিবা মখোয় অহুগী মরাল লৈরে হাঙনা লৌম্বস্থু য়ুম পানবগী ধর্ম্মদা লৈরিঙৈগী মৃত্তমদা মখোয়গী মরাল অহু কোকপিরগা ইবুংঙো মহাক্না মখোয়বু প্রেম পীয়মত্রিবা করিনো? ইবুংঙো মাঙো দা খুরুমজরকপা ঙাইরম্লিবা করিগীনো? মখোয়না মরাল অহুগী ঙাকপিনবগীদমক খুকমজবকপা ঙাইরবদি চাউথোকপা অমস্থুং মখোয়গী

## গৌর-কৃপা-টীকা

মুকমদা হিংসা লৈ হাঙবা ফোংদোকপা নত্রা ? পাণ্ডুম—মতৌ অসিদা মহাপ্রভুগী চাউথোকপা নত্রগা মখোয়বু হিংসা তৌবা করি অমত্তা লৈতে। মরম ওইবা রা হাঙববু মহাপ্রভুগী মতৌগুম্বা কনাগুম্বা পুকচেল ফজবা নীপা অমদা নিন্দা তৌরম্বদি নত্রগা তৌনীংলবদি, নিন্দা তৌনীংলিবা মতম অহুকী মথে মাগী থমোইদা প্রেম পোকপা ঙমদে—কনাগুম্বা অমনা প্রেম অহু পীথিরবসু লৌশিনজবা ঙমজদে; মতৌ অসিদা মরাল অহু লৌত্রবসু মখোয়গী অজোয়গী ফিবম অহু হোৎলোক্তে, থমোয় অহুদা ভক্তি পোকপা ঙমদে; মরম অহুনা নিন্দা তৌরিবা মীশিং অহুগী মচৎ অহুনা মহাপ্রভুবু চাউথোকপা মতৌ মাল্লবনি, মখোয়গী মরাল অহু লৌরে হাঙনা থজবনি, থাজৈলেংবদি, মখোয়গী মরাল অহু মহাপ্রভুনা লৌরবা নত্তে, লৌকসু থোক্কে; মরমদি, ইবুংঙো মহাত্মা থাম্বিবদিম্বী পূর্ণমকপু প্রেম পীবিবনি; মখোয়গী মরাল অহু লৌরবদি প্রেম মতৌ করম্না পীবিগনি? নিন্দা তৌরিবা মীশিং অহুগী থমোয়গী ফিবম অহু হোৎলকপা ঙাইহনা লৈরিবনি। কনাগুম্বা অমগী থমোয়গী ফিবম অহু, কনাগুম্বা অমনা মপান্দগী হোংহনবা যাদে, মহুংদগী হোৎলকপা নত্রবদি থাজৈশেংনা হোংবা ঙমদে। মহাপ্রভুনা মশাগী ওইজবা হুংঙাইবা থাদোকপা ঙম্বা অত্তকপা পুকচেল অহু, নিন্দা তৌরিবা মীশিং অহুনা খঙলক্লবদা, উরক্লবদা প্রভুগী মফমদা মখোয়না ঙাংখিবা র ময়াম অহু অরাম্বা, নত্তবা ঙাক্তা ওইখরে হাঙনা ভাব তারক্লনা হুংঙাইরক্লে, যারক্লে, অরাবা অহুগী মৈচাক্লা মখোয়গী অমোংপা থমোয় অহু চাকথেক্লে, মতম অহুদা পাপকী মরু অহু মাঙখরে, মাঙখরবা মতম অহুদা প্রেম ভক্তি পোকপা য়াবা থমোয় ওইরে; প্রভুদা থুকমজনীংবগী যাথল অমা কম্না পোক্লে : মতম অহুদা মখোয়গী থমোই অহু প্রেম ভক্তি লৌশিনবা ঙম্নগনি হাঙনা প্রভুনা খঙলহনা প্রেম ভক্তি পীবিরে। প্রভুনা মাঙোন্দা থুকম্লক্লে হাঙনা ঙাইহৃবা থোইদোকপা লৈতে অমসুং নিন্দা তৌরিবা মীশিং অহুদসু হিংসা তৌরবা লৈতে; প্রভুদা মখোয়না থুকমজবা অহুনা মখোয়গী থমোয় শেংলে হাঙবা ফোংদোক্লে, ইবুংঙোনা ঙাইরিবদি থমোয়শেংবা অহুতনি মরমদি থমোই শেংত্রবদি প্রেম লৌশিনবা ঙমদে।

মফম অসিদা যাহং অমা লাকপা য়ারে—প্রভুগী চান্দা হরিনাম শোলথা তারগা অমদি প্রভুবু উজয়গা থুদক অহুদা পাপ পূর্ণমক কোক্তুনা কৃষ্ণ-প্রেম ফংবা ঙম্মী। ছাত্র পাষণ্ডীগী মফমদদি প্রভুনা শক্তি অহু ফোংদোক্তবা করিগীনো ? মাসিগী পাণ্ডুমদি অসুম্না ওইবা য়াই হাঙনা নীংই—প্রভুনা ফোংদোক্লা লীলা শাস্ত্রসুগী অতুংগী মতমদা লাক্কদোরিবা জীবশিংগী মঙ্গলগীদমক ছাত্র পাষণ্ডী চাপালগোপালমচিংবগী মতমদা পাপ কোক্লনবগীদমক থৌরম যাম্না চেকশিন্না চৎনরম্মী, তৌরম্মী। প্রভুবু উজবদা

দণ্ডা নিস্তারিতে প্রভু কৃপা—অবতার।
দণ্ডা নিস্তারিতে করেন চাতুরী অপার। ৩৬
তবে নিজ ভক্ত কৈল যত ম্লেচ্ছ-আদি।
সবে এক এড়াইল কাশীর মায়াবাদী। ৩৭

অর্থ:—

কৃপা অবতার প্রভুনা, মীবু লানবিবদা।
লৌশিং য়াম্না তৌই জীববু লানবিবদা ॥ ৩৬
ম্লেচ্ছনচিংববু মাপী ভক্ত ওইখি তুংদদি।
য়াখিদে কাশীদা লৈবা মায়াবাদীস্বুদি ॥ ৩৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

'প্রেম কংতী হাঙ্গীমদি মী অতুগী মপাদা মহৌশাদা য়াম্না। তুনা পাপ [illegible], [illegible] [illegible] [illegible]গোপাদলোনা। অকমবা পাপ লৈরবদি তুনা [illegible] [illegible] অমক পাপ অহু খোকথোকহনপা মমৈদা প্রেম পীখি।

৩৬। কৃপা—অবতার—কৃপাগী হকচাং ওইহনা অবতার তৌবা। লৌশিং য়াম্না তৌই—চাতুরীনি। নিন্দা তৌগনবা মীশিংবু লানবিনবগীদমক মহাক্না লৌশিং য়াম্না তৌই, হৈ-শিংবা কোংদোকই, মাহুদা মহাক্না লম্বোইখি; লম্বোইবা অমু উবগা নিন্দা তৌগনবা মীশিংনা (নিন্দুকশিংনা) প্রভুগী থমোইশেংবা, পূম্নমক থাদোকপা ভবা অভকপা ভক্তি অহু খঙবা ওয়ে অমস্তুং মাহুদা নিন্দুকশিংগী পুক্নিং অহু অকবয়োমদা হোংখি।

৩৭। ম্লেচ্ছ—হিন্দু নত্তবা মী, পাওনশিং, কোলভীলনমচিংবা-চীংদা লৈবা [illegible] প্রভুগী ভক্ত ওইরম্মী। শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈতবা মীবুম্ন ম্লেচ্ছ কৌই। কাশীদা লৈবা মায়াবাদী কাশী লৈবাক্তা লৈবা লম্বোইবশিং, লম্বোইবশিং মায়াগী [illegible] প্রকাশানন্দ সরস্বতীনা খ্বাইগী মকোক্নি। প্রভুনা বৃন্দাবনদগী [illegible]পদা [illegible] [illegible] প্রেম [illegible]; মাসিগী মমাংদদি মখোঙ্গ অসি মায়াবাদী ওইহনা লৈরম্বনি; অদ্বৈতবাদকী আচার্য্য শ্রীমৎ শঙ্করাচার্য্যগী মতুং ইনবা সাধকশিংবু মায়াবাদী কৌই; মখোইনা [illegible] নীংঙ্[illegible] ব্রহ্মগা খেন্নদে; মায়াগী পুকচেম্না খেন্নৈ হাঙ্গীনা নীংঙ্ বতনি, সংসারদা মথন-মথনগী [illegible] অতোপ-অতোপ্পা উবিবা পূম্নমক অসিগী থাঙ্গেশেংবা মপাগী অরেপ্পা কনিন্নু লৈতে, [illegible] ওইবা ব্রহ্ম নত্তনা কদাইদসু কনিস্নু লৈতে, লৈবস্নু য়াদে—মায়াগী মচংনা [illegible] অয়াম্বা পোৎকী তোঙান-তোঙানবা অরেপ্পা অমা লৈ হাঙ্গীনা জ্ঞান তৌবা অমা, এখোইগী

বৃন্দাবন যাইতে প্রভু রহিলা কাশীতে।
মায়াবাদিগন তাঁরে লাগিল নিন্দিতে॥ ৩৮

অর্থ :—

প্রভুনা বৃন্দাবন চৎপদা কাশীদা লৈরম্মী।
মাযাবাদী শিংনা মহাকপু নিন্দা তৌরম্মী॥ ৩৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পুক্নিংদা লৈ। মায়াগী ভাব অসিনা তংখিবা মতমদা জীবনা খঙবা ঙমগনি—উরিবা পূম্নমক অসি ওইদবা মীনম্বা ঙাক্তনি, মশাগী অরেপ্পা অমা লৈ হায়না খল্লুবা অদুম্ন মীনম্বা ওইরম্মী; পূম্নমক অসি ব্রহ্মনি, মতম অদুদা জীবনা মশাবুম্ন ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বা খঙবা ঙমগনি। ভাব অসুম হায়না খনবা মীশিংনা জগত্তা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু মায়াগী পোকপনি হায়না ব্যাখ্যা তৌই হায়রুনা মখোয়বু মাযাবাদী কৌই। মরম অদুনা মখোয়গী পুকচেল অসি ভক্তিগী য়েক্নবনি, ভক্তি ফংননবগীদমক মখোয় অদুম্ন মহাপ্রভুগী কৃপা চঙবা তারম্মী। (প্রকাশানন্দ—উদ্ধার তৌবগী মরমদা মধ্যলীলাগী মতাং ২৫ শুবদা শন্দোক্না ইরি। মরম অসিদদি মমিংতা ওইনবা ইঙ্গবে)।

৩৮। প্রভুনা নীলাচল (শ্রীক্ষেত্র) দগী বৃন্দাবন্দা লেংবা (চৎপা) মতমদা ঝারিখণ্ডগী লম্বিরোমদা লাক্তুনা বৃন্দাবন যৌগ্রিঙৈদা কাশীদা মতম খবা লৈরম্মী মতম অদুদা কাশীদা শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ-সরস্বতী লৈরম্মী, মগাক্কী লম্বোইবা শিষ্য লিশিংভাগা লোয়ননা। অপুনবা ভারতবর্ষগী মনুংদা মতম অদুদা প্রকাশানন্দ সরস্বতীনা মাযাবাদী-সন্ন্যাসীশিংগী মনুংদা—মহৈদা, বুদ্ধিদা, মতিক-মগুণ্ডা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লম্মী। মাদুগী মথংদা যুম-পাল্লিবা শ্রীপাদ বাসুদেব সার্ব্বভৌম ওইরম্মী, শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা লম্বোই-রবগী হেক মথংদা (মতুংদা) নীলাচলদা চত্তুনা মায়াবাদী সার্ব্বভৌমবু ভক্তি মার্গদা চিংশিনখিরম্মী, অদুদগী ইবুংঙোনা প্রকাশানন্দগী লৈফম কাশীদা লাক্লম্মী, প্রকাশানন্দনা মমাংঙৈদগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ভক্তি-অঙ্গ চৎপগী য়ায়ী অমসুং মহাক্না ভক্তি শন্দোকপগী য়ায়ী তারম্মী; মাদু তাবদা প্রভুবু খজিক্তং উশিত্তবা নোক্ননীংব ভাব পোক্লম্মী। প্রভুনা কাশীদসু ভক্তি অঙ্গ অসি চৎলী হায়বা খঙলদুনা প্রকাশানন্দনা মাগী শিষ্যগা লোয়ননা নোক্নরে নিন্দা তৌরে। মতৌ কয়ম্না নিন্দা তৌবগে হায়বা অদু মতুংগী পয়ার অনিদা ফোংদোকচরি।

সন্ন্যাসী হইয়া করেন গায়ন নাচন।
না করে বেদান্ত পাঠ-করে সংকীর্ত্তন॥ ৩৯
মূর্খ সন্ন্যাসী নিজ ধর্ম্ম নাহি জানে।
ভাবক হইয়া ফিরে ভাবকের সনে॥ ৪০

অর্থ :—

লম্বোইবা ওইরগা ঈশৈ শকই জগোই শাই।
বেদান্তদি পাদহুনা সংকীর্ত্তন্তা মতৌই।। ৩৯
মশাগী ধর্ম্ম খঙজদে মূর্খ লম্বোইবনা।
ভাবক্ ওইহুনা কোঈরি ভাবকা লোঙ্ঈনহুনা॥ ৪০

## গৌর-কৃপা টীকা

৩৯—৪০। মখোঙ্গনা নিন্দা তৌহুনা হাঙ্গ—"শ্রীচৈতন্যনা লম্বোইরগা করি ওইগনি? য়াম্না মূর্খ (অপঙবা) ওইখরে; অহুনা ভাবকা হাঙ্গবদি ভাব অথোৎপা মীগা তিন্নহুনা মশাম্ভ ভাব অথোৎপা ফোংদোক্লে; মশাগী থাজৈশেংবা ধর্ম্ম করিনো হাঙ্গবহু মশানা খঙজবা ঙমদরে; বেদান্ত পাবনা লম্বোইবগী অচুম্বা ধর্ম্মনি—নামসঙ্কীর্ত্তন তৌবা, জগোইশাবা, ঈশৈ-শকপা-পুন্নমক অসি লম্বোইবগী ধর্ম্ম নত্তে; মশানা পঙজহুনা বেদান্ত পাদবনি—সঙ্কীর্ত্তনগা লোঙ্গননা জগোইতমক মশারে।"

লম্বোইবা ওইরগা— মতম অহুদা লম্বোইবা মখৈ মায়াবাদী ভাক্তা ওইরম্মী; সঙ্করাচার্য্যনা তৌরম্বা বেদান্তভাষ্য অসিদা মখোঙ্গনা নিতিগী পাহুনা লৈ। মরম অহুনা লম্বোইবা অমবু উরবদি মীনা মায়াবাদী ওইবমগনি হাঙ্গনা নীংনৈ; কনাগুম্বা লম্বোইবা অমতনা ভক্তি ধর্ম্ম চৎপা ইয়াও য়াওদে; প্রকাশানন্দস্ভ ভক্তি চৎলমদে। অহুনা মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মচৎ ব্যবহার অহু উরগা ইঙক্-ঙক্লম্মী; মখোঙ্গনা মপুক্লিংদা থল্লী- "লম্বোইরগা জগোইশাহুনা ঈশৈ শকই, বেদান্তদি পাদে, কয়াদা ঙকখ্রবা থোৎমনে? মাসি য়াম্না পঙ্‌খরেদা।" ভাবক—ভক্ত, ভাব অথোৎপা মী; ঈশৈ শকপা মী; থমোই থোৎপা মরম্না ইচম-চম্বা মরম অমদা মাং-তুংগী বিচার থিবা তৌদনা অরাবা পোকপা মখোঙ্গী অহু ভাবক কৌই। ২। ১৭। ১১২ পয়ার টীকা য়েংবিয়ু। 'ভাবুক' বাহৈগী অর্থনা—ভাব লৌশিন্‌বিবা ঙম্বা অহু ভাবুক কৌই।

এ সব শুনিয়া প্রভু হাসে মনে মনে।
উপেক্ষা করিয়া কারো না কৈল সম্ভাষণে ॥ ৪১ ॥
উপেক্ষা করিয়া কৈল মথুরা গমন।
মথুরা দেখিয়া পুনঃ কৈল আগমন ॥ ৪২
কাশিতে লেখক শূদ্র চন্দ্রশেখর।
তার ঘরে রহিলা প্রভু স্বতন্ত্র ঈশ্বর ॥ ৪৩

অর্থ :—

নিন্দা'সি তারগা পুক্লিংদা নোকই প্রভুনা।
কনাগুম্ না ভাংনদয়ে থোৌশাদহুনা ॥ ৪১
থোৌশাবিদহুনা মথুরাদা লেগুখরে।
মথুরা য়েংলুরগা অমুক কাশীদা থুংজরে ॥ ৪২
লাইরিক ইবা শূদ্র চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা।
মনীংতৌবা ঈশ্বর প্রভুনা লৈরে মাহুদা ॥ ৪৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪১। প্রভুনা মায়োম্বা মীনা নিন্দা তৌবা পুম্নমক অসি তারগা পুক্লিংদা থোৌশাদহুনা নোকই—হাসিল্ল, মনে মনে; থোৌশাবিদহুনা কনাগুম্বা লম্বোইবা অমত্তগম্ না ৱারী-ৱাতাই শানবিদ্রে। প্রভুনা না থাংগদহুনা লৈবা অসি চাউথোকচবা নত্তে। মরম অমা অসিগী তারবা তৌবনি।

৪২। শ্রীবৃন্দাবন অসি মথুরা জিলাগী মনুংদা লৈবা খুন অমনি। প্রভুনা মথুরাদা লেংখরোবা মতমদা শ্রীবৃন্দাবনদা লেংখরে হায়বনি। বৃন্দাবনদা লেংগুমদাইগী মতম অসিদা প্রভুনা কনাগুম্বা লম্বোইবা অমত্তগা ৱারী-ৱাতাই শানরমদবে অদুম লেংখরে, বৃন্দাবনগী মথক্তা অমী থোকুনা কাশীদা অমুক লেংসিন্লম্মী।

৪৩। লাইরিক ইবা—ৱারীনচিংবা শিন্দোকুনা ইহুনা (নকল তৌহুনা) শেল ফংলগা পুন্সিলেনবা মী। মতম অদুদদি ছাপাখানা লৈরমদে। থুংনা ইবা লাইরিক মখম খুদিংমক ফংলম্মী; মীয়ামনা ৱারী শিন্দোকুনা শেল তাল্লম্মী; চন্দ্রশেখরসু অদুগুম্বা মী অমনি; মসিগী মরমদি শূদ্রনি। কবিরাজ গোস্বামীনা অতোপ্পা মফম অমদা চন্দ্রশেখরবু বৈদ্য হায়রি (২।১০।১৪০ অমসুং ২।১৭।৮৮)। পয়ার অসিদদি ব্রাহ্মণ নত্তবদি (অব্রাহ্মণ ওইরবদি) শূদ্র শব্দ শিজিন্নরমাক্লে হায়না নীংজি। অদোইদদি

তপন-মিশ্রের ঘরে ভিক্ষা নির্ব্বাহণ।
সন্ন্যাসীর সঙ্গে নাহি মানে নিমন্ত্রন ॥ ৪৪

অর্থ

তপন্-মিশ্রগী ময়ুমদা ভিক্ষা লৌরে।
লম্বোইবা অতৈগী নিমন্ত্রণ লৌদরে । ৪৪

গৌর-কৃপা টীকা

শূদ্র উনবা যাদে ( মতম অসিদগী রায রামানন্দনা প্রভুদা হাঙ্গৎলমী—"নৈনা নংবু মেংজব'সি বেদ-না যাদে। ১।৮।৩৪ )", তৌইগুম্বনা প্রভুনা শূদ্র চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লৈবা হৌরক্লে, উব, যেংবগী য়াদি থমখিসি. শোক্লবদা অপন্না লৈখিদরে। লম্বোইবনা শূদ্রগা উনবা য়াদে হাঙ্গৎলগা প্রভুনা করিগী চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লৈরিবনো, য়াহং অসিগী মবম্মদা লাইরিক লেংগিবা কবিরাজনা খুল্লী—পভূদি মনীং তৌবা ঈশ্বরনি, ইবুংঙো মহাক্কি করিগুম্বা পিথি অমগী মথা পোন্দে; অনীংবা শদ্ধতা তৌই, অদুনা ইবুংঙোনা মপানগী লীলাদা লম্বোইবা ওইনবস্থ শূদ্র-চন্দ্রশেখবগী ময়ুমদা লৈরে। শূদ্র জাতি গাবিন্দনা হকচাংগী সেবা ফংজংলে প্রভুদি ভক্তগী মখাপোনবা মরম্মা চন্দ্রশেখরগী ভক্তিনা খুত্থম চন্দুনা সম্প্রদায়না, সমাজনা য়াদবা নিয়ম অদু থৌশাদতুনা মনাই ভক্তগী ময়ুমদা লৈরে। শ্রীভগবান্দি ভক্তগী মখা পোন্না ইবুংঙে মহাক্না হাঙ্গবা য়ানি। "অহং ভক্ত পরাধীনো হ্যস্বতন্ত্র ইব দ্বিজ। সাধুভির্গ্রস্তহৃদয়ো ভক্তৈর্ভক্তজনপ্রিয়ঃ ॥ শ্রীভা, ৯।৪।৬৩॥"

লম্বোইবশিংনা শূদ্র উবা য়াদবা অসি লম্বোইনা সমাজ সম্প্রদায়না চংনবিনি। অদুবু মী-শিং অদুনা ভগবদ ভক্ত ওইরবদি শূদ্রগী শাগৈদা পোক্লুনস্থ মখোঙ্গ অদু শূদ্র নত্তে। "ন শূদ্রা ভগবদ ভক্তঃ ॥" মখোঙ্গ অদুদি অথোইবা দ্বিজ ( বামোন ) ওইখ্রবনি। "চণ্ডালোহপি দ্বিজশ্রেষ্ঠ হরিভক্তি পরায়ণঃ ॥" মরম অসিনা শূদ্রগী জাৎতা পোক্লবা ভক্তশিংগা উনবদা প্রভুনা লম্বোইবগী চংনবী মাঙহল্লে ( থুগাইরে ) হাঙ্গনা হাঙ্গদে।

৪৪। চন্দ্রশেখরগী য়ুমদা লৈরগ চার্বাদ প্রভুনা ব্রাহ্মণ তপন মিশ্রগী য়ুমদা চারে ( ভিক্ষা লৌরে )। মহাক শ্রীরঘুনাথ ভট্টগী মপানা।

প্রভুনা য়ুমদা লৈবিংগী মতমদা মহৈ (বিদ্যা) শন্দোরকপা নোংপোক বঙ্গদা অমুক্নুং লেঙলক্লমী, মতম অদুদা পদ্মা তুরেনগী মপান্দা লৈবা মকম অমদা লৈরিঙৈদা অহল ওইরবা

সনাতন গোসাঞি আসি তাহাঁই মিলিলা।
তাঁর শিক্ষা লাগি প্রভু দু'মাস রহিলা॥ ৪৫
তাঁরে শিক্ষাইলা সব বৈষ্ণবের ধর্ম্ম।
ভাগবত আদি শাস্ত্রে যত গূঢ় মর্ম্ম॥ ৪৬
ইতি মধ্যে চন্দ্রশেখর মিশ্র তপন।
দুঃখী হঞা প্রভু পায় কৈল নিবেদন॥ ৪৭

অর্থ

সনাতন-গোসাঞি লাকুনা প্রভুগা উনরে।
মাবু তম্বিনবা প্রভুনা থা অনি লৈরে॥ ৪৫
মাঙোন্দা বৈষ্ণবকী ধর্ম্ম পুম্নমক তম্বিরে।
ভাগবতনচিংবগী অরুবা অর্থ তাকপিরে॥ ৪৬
চন্দ্রশেখর মিশ্র তপন, মতমসিগী মনুংদা।
দুখাইতদুনা খুরুমজরে প্রভুগী খোঙদা॥ ৪৭

গৌর-কৃপা-টী।

তপন-মিশ্র অসিনা প্রভুদা সাধ্য-সাধন তত্ত্ব হংলম্মী, প্রভুনা মাঙোন্দা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌনবা পাউতাক পীরম্মী, তপন-মিশ্রনা মতম অদুদা প্রভুগী নাক্ত, লোইনদুনা নবদ্বীপ্তা লৈজগে হাইনা হঙংলবদা "প্রভুনা যাথং পীখি—নং কাশীদা (বারাণসীদা) চৎলো। মফম অদুদা ঐগা নংগা উনরসি॥ ১।১৬।১৪-১৫।" মতম অদুগা যাথং অদু অয়েপ্পা শোইদবা ওইখি।

ভিক্ষা—লম্বোইবগী চাননবা পোৎমখৈ ভিক্ষা কৌই। লম্বোইবা অতৈগী-নচিংবা—কাশীদা লৈবা মায়াবাদী লম্বোইবশিংগা শিন্নরীংদবদগী পভুনা চিমম্নন লৌখি। ভিক্ষা লৌরে—চাক চারে।

৪৫—৪৬। প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদগী হল্লকপগী লম্বী লমথাংদা কাশীদা চংদুনা লৈরম্মী, মতম অদুদা গৌড়েশ্বর হুসেন সাহগী কৈথেলমংদগী (জেলদগী) চেন্নকুনা (মধ্যলীলা ১৯ শুবা মতাংদা যেংবিয়ু) শ্রীপাদ সনাতন-না কাশীদা লাকুনা প্রভুগা উনদুনা তিন্নখি। প্রভুনা থা অনি কাশীদা লৈদুনা সনাতনবু ভক্তি ধর্ম্ম অমসুং শ্রীমদ ভাগবতনচিংবা শাস্ত্রগী মনুংগী অরু-অরুবা অর্থ তম্বিখি (মধ্যলীলাগী মতাং ১৯।২০।২১।২২।২৩।২৪ দা তম্বিবগী মরম ইরি)।

৪৮ ৪৯। মাইকৈ অসোমদা মায়াবাদী লম্বোইবশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা প্রভুবু নিন্দা তৌরম্মী; কাশীদা লৈবা মতমদা ভক্ত কাংবুনা প্রভুগী গুণ অমসুং মিংচৎ শন্নোরম্মী,

কতেক শুনিব প্রভু তোমার নিন্দন।
না পারি সহিতে এবে ছাড়িব জীবন ॥ ৪৮
তোমারে নিন্দয়ে যত সন্ন্যাসীর গণ।
শুনিতে না পারি ফাটে হৃদয় শ্রবণ ॥ ৪৯
ইহা শুনি রহে প্রভু ঈষৎ হাসিয়া।
সেই কালে এক বিপ্র মিলিল আসিয়া ॥ ৫০
আসি নিবেদন করে চরণে ধরিয়া—।
এক বস্তু মাগোঁ, দেহ প্রসন্ন হইয়া ॥ ৫১

অর্থ :—

মীনা প্রভু নংবু নিন্দা তৌবা কবম খাংসিগে ?।
খাণবা ওমজদরে থবাই অসি থাদোক্লগে ॥ ৪৮
লম্বোইবা খিবিক্লা নংবু নিন্দা যাম্না তৌরে।
নাকোংনা তাবা ওমদরে থমোই কাঈখিদোবে ॥ ৪৯
প্রভুনা মোমোন-মোমোন নোকই ঝা'সি তাবদা
ব্রাহ্মণ অমা থুংলরে মতম অসি মক্তদা ॥ ৫০
চংশিল্লকুনা হাঈজখি চরণ পাঈদুনা।
পোং ক্ষমতা নিজগে পীনবিয় চানবিদুনা। ৫১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

মায়াবাদী লম্বোইবশিংনা মাতু তার-তাবগা নিন্দা তৌবা য়াম্না হেনগংব্রে, প্রভুগী ঃরমদা নিন্দা তৌবা অদুবু তারুরগা ইবুংঙোগী তুংইনবা ভক্তশিংগী থমোই অদু মুংডাইতবনা, ঝাবনা কাঈখিদোই, করিগুম্বা অমা তৌদুনা পুক্লিং ফাদুনা থম্বতনি, তৌইগুম্বসুং মমৈথংদদি মুংঙাইতবা অদু খাণবা ওমদদুনা চন্দ্রশেখর অমসুং তপন-মিশ্রনা নোংমা প্রভুদা ঝা পুম্মক অদু হঙ্গচ্চরে, ঝা অদু পযার অছমদা যোংদোকচরিবসিনি।

৫০। চন্দ্রশেখর অমসুং তপনমিশ্রনা হজচ্চবা ঝা অদু প্রভুনা মোমোন নোকুনা তাবিঙৈগী মতম অদুমক্তদা, ব্রাহ্মণ অমা মফম অদুদা লাকুনা থুংঙরে। ব্রাহ্মণ অদু মহারাষ্ট্রীয় ব্রাহ্মণনি। মহাক কাশীদা লৈবনি।

৫১-৫৩। ব্রাহ্মণ অসিনা মায়াবাদী লম্বোইবা পুম্মকপু মাগী ময়ুমদা নিমন্ত্রণ তৌরম্মী অদুবুম, মখোয় অদুগা তিন্নবগীদমক নিমন্ত্রণ তৌননবগীদমক লাক্লম্মী। যাম্না নোল্লকা প্রভুগী চরণ পাঈদুনা মহাক্না প্রভুদা হঙ্গচ্চবা ঝা ময়াম অদু পয়ার অছম অসিদা ইরিবা অসিনি।

সকল সন্ন্যাসী মুঞি কৈলা নিমন্ত্রণ।
তুমি যদি আইস পূর্ণ হয় মোর মন॥ ৫২
না যাহ সন্ন্যাসী-গোষ্ঠী, ইহা আমি জানি।
মোরে অনুগ্রহ কর নিমন্ত্রণ মানি॥ ৫৩
প্রভু হাসি নিমন্ত্রণ কৈল অঙ্গীকার।
সন্ন্যাসীর কৃপা-লাগি এ ভঙ্গী তাঁহার॥ ৫৪
সে বিপ্র জানেন প্রভু না যান কারো ঘরে।
তাঁহার প্রেরণায় তাঁরে অত্যাগ্রহ করে॥ ৫৫ ॥

অর্থ :—

লম্বোইবা পুম্নমক নিমন্ত্রণ তৌজরে ঐনা।
নীংবা থুংজগনি লেঙবিরক্রবদি নংনা। ৫২
লম্বোইবা মবক্তা চংদে হাঙ্গৈব' খঙঙী ঐনা।
নিমন্ত্রণ লৌবিয়ু ঐবু কৃপা তৌবিত্না॥ ৫৩
প্রভুনা নোক্তুনা মাগী নিমন্ত্রণ লৌবিরে।
লম্বোইবশিংবু কৃপা'মা তৌবিগে নীংবিরে॥ ৫৪
প্রভু মীগী যুমদা লেংদে, ব্রাহ্মণ'তুনা খঙঙী।
অদুবু মাগী থমোইদা যাম্না লেংলকহনম্মী'ঙঙী॥ ৫৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

ঐবু কৃপা তৌবিত্না—ব্রাহ্মণ অদুনা হাঙ্গৈরকই, "প্রভু, ইবুংঙোনা, কাশীদা লৈরিবা মাযাবাদী লম্বোইবাশিং অসিগা তিন্নদে হাঙ্গৈবা খংজে, অদুম ওইনমক নংগী চরণ্তা খুরুমজরি—ঐবু কৃপা তৌবিত্না নংনা ঐগী নীংজরিব' অসি মপুং ফাহনবিয়ু।"

৫৪-৫৫। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোনা য়া ইঙাং ঙাংদনা মোমোন-মোমোন নোক্তুনা ব্রাহ্মণগী নিমন্ত্রণ অদু লৌরে। লম্বোইবশিংবু কৃপা'মাচিংবা—কাশীদা লৈরিবা মায়াবাদী লম্বোইবশিংবু কৃপা অমা তৌবিরগে খনবদগী প্রভুনা ইঙ্গিং তৌবা ওইনা নিমন্ত্রণ লৌখিবনি। খঙঙী ব্রাহ্মণ'তুনা—প্রভুনা অতোপ্পা কনাগীম্ম যুমদা লুক-হাদে হাঙ্গৈবসি মহারাষ্ট্রীয ব্রাহ্মণ অদুনা খঙঙী; খঙলবসু মহাপ্রভুদা নিমন্ত্রণ লৌবা লাকই, লম্বোইবা মযামগা তিন্নহনীংবদগী—(থোদোক মতৌ অসি প্রভুগী ইঙ্গিং ওইবা য়াই)। ব্রাহ্মণ অদুগী যুমদা প্রভুনা থুংবা মতমদা লম্বোইবশিং অদুবু কৃপা অমা তৌবিরগে হাঙ্গৈনা প্রভুনা কন্না খল্লে, মরম অদুদগী ব্রাহ্মণ অদুগী থমোইদা নিমন্ত্রণ তৌনীংবগী ভাব পোকহল্লিবনি।

আর দিনে গেলা প্রভু সে বিপ্র ভবনে।
দেখিলেন বসিআছেন সন্ন্যাসীরগণে॥ ৫৬
সভা নমস্কারি গেলা পাদ প্রক্ষালনে।
পাদপ্রক্ষালন করি বসিলা সেই স্থানে॥ ৫৭
বসিয়া করিল কিছু ঐশ্বর্য্য প্রকাশ।
মহাতেজোময় বপু-কোটি সূর্য্যভাস॥ ৫৮
প্রভাবে আকর্ষিল সব সন্ন্যাসীর মন।
উঠিল সন্ন্যাসিগণ ছাড়িয়া আসন॥ ৫৯

অর্থ :—

প্রভুনা নুমিৎ অদা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা চংলে
লম্বোইবা মযাম ফম্লম্বা অদু উবা ফংলে॥ ৫৬
ময়াম্বু খুকম্নম্লগা খোঙহাম্বা লেঙখরে।
খোঙ শেংদোক্লগা খোঙহাম্ফম অদুদা ফংখবে॥ ৫৭
ফম্লগা প্রভুনা ঐশ্বর্য্য খরা ফোংদোকে।
হকচাং অদু নুমিৎ কোটিনী ঙুপ চৈহল্লে॥ ৫৮
শুপ অদুনা লম্বোইবশিংগী পুক্কিং চিংশিল্লে।
লম্বোইবশিং অদু ফমফমদগী হৌগৎলক্লে॥ ৫৯

গৌর-কৃপা-টীকা

৫৬-৫৭। প্রভুনা নিমন্ত্রণ পাহৌবা অদুগী নুমিৎ অদুদা মতং চপচানা ব্রাহ্মণ অদুগী য়ুমদা চংলে, মফম অদুদা যেৎরগা উবা ফংলে—লম্বোইবাশিংনা ভুম্বানা ফোংলে, মখোয় পুম্নমক মফম অমদা পুম্না ফমদুনা লৈরম্মী। প্রভুনা অবাম্নদগী লম্বোইবাশিং অদুবু খুকম্নম্লগা খোঙ শেংদোকপা লেঙখরে অমসুং শেংদোকপা লোইরগা খোঙ হাম্বা মফম অদুদা অদুম ফম্লে, লম্বোইবগী সভাদা লেঙশিনখ্রে।

৫৮-৫৯। প্রভুনা খোঙ-হাম্ফম অদুদা ফম্লগা ঐশ্বর্য্য (ভোৱা ভম্বা শক্তি) খরা পুথোক্লে, মাদুনা ইবুংঙোগী স্না-হকচাং অদু মৈগী মশক ওইদুনা নুমিৎ কোটিগী মঙাল পুথোরক্লে, মদু উরগা লম্বোইবা পুম্নমক পুমঙক ভরুবে—মখোয়গী থমোইদা প্রভুবু নিন্দা তৌরিংলম্বা পুকচেল চেল্লস্বা অদু কোকখিদুনা, প্রভুগী চরন্দা থরাই হাপখবে—মখোয়না থুনা কুক-কুক হৌগত্তুনা ইকাই-খুম্নবা উৎপগী ভাব ফোংদোরক্লে। লম্বোইবশিং

প্রকাশানন্দ নামে সর্ব্বসন্ন্যাসী প্রধান।
প্রভুকে কহিল কিছু করিয়া সম্মান॥ ৬০
ইহঁা আইস ইহঁা আইস শুনহ শ্রীপাদ।
অপবিত্র স্থানে বৈস কিবা অবসাদ॥ ৬১

অর্থ :—

লন্নোইবশিংহুগী একোক প্রকাশানন্দনা।
প্রভুদা হাঙৈরকই ইকাই-খুম্নবগা লোঙৈননা॥ ৬০
শ্রীপাদ! লেঙশিনবিয়ু লেঙশিনবিয়ু অপাম্মদা।
করিগী কম্বিরিবনে অমাংবা মফমদা॥ ৬১

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুগী থমোইদা মহৈ হৈরে হাঙৈহুনা চাউথোক্লবা নাপন্নচিংবা নাপন কয়ামুক্লা থম্না ?লরম্মী, মরম অহুনা মখোঙৈনা প্রভুবু নিন্দা ভৌরম্বনি। নাপন তৌবগী মচিন থুদেকপা অসি ঐশ্বর্য্য (তৌওম্বা) খবা উত্তবদি নোল্লুকপা ভাক্তনা চংনদে; কনাগুম্বা অমগী নাপন থুদেকে হাঙৈরবদি, মী অহুগী থমোইদা মহাক্লা মতোল্লে মহাক্লা মরাংলে হাঙৈনা নীংজরক্লবা হোংনবা দরকাররনি। মরম অহুনা প্রভুনা ঐশ্বর্য্য পুখোক্লিমাল্লে হাঙৈনা নীংই। ইবুংঙোগী ঐশ্বর্য্য অহু উরগা লম্বোইবশিংনা যুম্বীদোনা চপ-চপ লেপ্তুনা লৈরে; অহানবদদি মখোঙৈনা ইবুংঙোবু ইপণ্ড-পণ্ডবা (মুর্খ) শাস্ত্র হৈতবা, ধর্ম্ম খঙদবা, লমচৎ খঙদবা, বেদান্ত পাদবা, পাবম্ন হৈতবা য়াম্না ইচম-চম্বা খ্বাই মী ভাবুক লম্বোইবা অমনি হাঙৈনা নীংলম্মী, তৌইগুম্বম্নং ঐশ্বর্য্য উরগা নীংনরক্লে "ও বাবা! মহাক্কি সাধারণগী মী অচম্বা নত্তে না! কয়াদা গুণ লৈখ্রবা' মমিং অসিদা মৈ হৌবদোনা তৌই!! ইবুংঙো অসিবু ঐখোঙৈনা নিন্দা ভৌহুনা কয়াদা নত্তব লমচৎ চংলম্নবনো!! প্রভু অসিদা লৈম্নিবা শক্তি অসি ঐখোঙৈদা লৈতে!" খুদক অহুমক্তদা মখোঙৈগী থমোই-পুকচেন অহু হোংখরে। প্রভুনা মহৌশাগুম্না হাঙৈজবা অতোনবা, নোল্লুকপা ভাক্তা উংলম্নবদি, লম্বোইবশিং অহুনা খনগদবনি "অপণ্ডবা লম্বোইবা অসি কিহুনা ঐখোঙৈগী ইরক্তা চংবা ওমত্রমাল্লে।" নাপন চাউবা মীশিংগী মফমদদি নোল্লুকপা হাঙৈজবনা গুমহংপা লাকশিনবা ওমদে; প্রভুনা অতোনবা শাশিন্নহুনা খোঙ-হাম্ফমদা ফমহুন লৈরিবৈগী মতম অহুদাদি ইবুংঙো মহাকী অওকৃপা অচৌবা মগুণ অহু লম্বোইবশিংনা খঙলমাদ, মখোঙৈনা প্রভুবু মখোঙৈগী মরক্তম্নু কৌশিল্লমদে। তৌইগুম্বম্নং প্রভুগী ঐশ্বর্য্য (তৌওম্বা) অহু উরবা মতমদাদি, কিরহুনা ইকাইখুম্নবগা লোঙৈননা মখোঙৈ-মখোঙৈগী ফমফমদগী ফুক-ফুক হৌগৎনরক্লে।

৬০—৬১। লম্বোইবশিংগী মহুংদা প্রকাশানন্দ সরস্বতীনা খ্বাইদগী অখোইবা ওইরম্মী; মহাক্নু লম্বোইবা অভৈগা লোঙৈননা লেপ্লম্মী; মহাক্লা য়াম্না নোল্লুক্লা

প্রভু কহেন—আমি হই হীন সম্প্রদায়।
তোমা সভার সভায় বসিতে না জুয়ায়॥ ৬২

অর্থ :—

প্রভুনা খুম্মী—ঐদি অতোনবা সম্প্রদায়নি।
নখোইগী নরক্তা ফম্বা ইতিক চাদবনি॥ ৬২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ইকাইখুম্নবগা লোইননা প্রভুদা হঙ্গংলম্মী—"শ্রীপাদ! অশোমদা লেঙশিনবিয়কউ, লম্বোইবা মযাম অসিগী মরক্তা লেঙশিন্দুনা ফম্বিয়ু; মফম অদুদদি ফম্বিরুগনু অমাংবা, লৃদবা মফম্নি, নংগী করিগী মুংঙাইতবা লৈগদগে?

শ্রীপাদ, লম্বোইবশিংগী মফমদা ফৌননবা ইকাই-খুম্নবা উৎপা য়াহে অমনি। লম্বোইবা অমবু কোবা নত্রগা য়ারী-য়াতায শানবদা 'শ্রীপাদ' হায়বা য়াহৈ শিজিন্নগনি। শ্রীপাদ 'পুক্লিংদা' করি মুংঙাইতবা লৈহুনা অতোনবা মীগী মতৌগুম্না অতোনবা মফমদা ফম্বিকরিবনো?"

প্রকাশানন্দনা ভক্তি চংলবা মতুংদা মমিং প্রবোধানন্দ কৌখয়ে।

৬২। প্রভুনা খুম্নকই—"ঐদি অতোনবা (ভারতী) সম্প্রদায়গী লম্বোইবনি, নখোইদি অচৌব সম্প্রদাযগী (কাংলুপকী) লম্বোইবনি, ঐনা নখোইগী সভাদা চংদুনা ফম্বা ইতিক চাদে, অদুনা মফম অসিদা ফম্মিন্নি।"

লম্বোইবশিংগী মনুংদা সম্প্রদায তরা লৈ—১। তীর্থ, ২। আশ্রম, ৩। বন, ৪। অরন্য, ৫। গিরি, ৬। পর্ব্বত, ৭। সাগর, ৮। পুরী ৯। ভারতী অমসুং ১০। সরস্বতী। লম্বোইবশিং অসিবু মিং তরাগী (দশনাম) লম্বোইবা কৌই। মখোই অসি শঙ্করা-চার্য্যগী সম্প্রদায মনুং চনবনি অমসুং মাহাক্কী শিষ্যনি। অসুম্না হায়নবা শ্রীল, শ্রীপাদ সঙ্করাচার্য্যনা মতম অমদা করিগুম্বা মরম অমগীদমক হায়খ্রিবা সম্প্রদায় তরা অসিগী মনুংদগী সম্প্রদায় কয়ামুক্কী চৈত্ত মুন্দুনা লৌখি। মাদুদগী হৌদুনা মখোইনা গুরু খাদোকপা হায়বদু ওইখি, অদুগা খরা অমনা মখোইগী চৈত্ত অদু তংখাই ওইনা (তংখাই খাইদুনা) লৌখি; অদুদগী হৌনা মখোইগী অদু অতোনবা সম্প্রদায (কাংলুপ) নি হায়না খঙনখরে; মখোইগী মনুংদা ভারতী সম্প্রদায়সু অমনি, শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা ভারতী সম্প্রদাযদা (কেশব ভারতীগী মফমদা) লম্বোইরকই হায়দুনা অতোনবা সম্প্রদায়নি হায়না খঙনৈ।

আপনে প্রকাশানন্দ হাথেতে ধরিয়া।
বসাইল সভামধ্যে সম্মান করিয়া॥ ৬৩
পুছিল—তোমার নাম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য?
কেশব—ভারতীর শিষ্য—তাতে তুমি ধন্য॥ ৬৪
সম্প্রদায়ী সন্ন্যাসী তুমি রহ এই গ্রামে।
কি কারণে আমা সভার না কর দর্শনে॥ ৬৫
সন্ন্যাসী হইয়া কর নর্ত্তন—গায়ন।
ভাবক সব সঙ্গে লৈয়া কর সংকীর্ত্তন॥ ৬৬
বেদান্ত পঠন ধ্যান সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম।
তাহা ছাড়ি কেনে কর ভাবকের কর্ম্ম॥ ৬৭
প্রভাবে দেখিয়ে তোমা সাক্ষাৎ নারায়ণ।
হীনাচার কর কেনে কি ইহার কারণ?॥ ৬৮

অর্থ :—

প্রকাশানন্দ মশানা প্রভুগী খুৎ পাঙ্গইহুনা।
লেওশিনহল্লে সভা মরক্তা ইকাই খুম্না॥ ৬৩
নমিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা নত্র হংলে?।
কেশব ভারতীগী শিষ্য ওইবা যাম্না করম্লে॥ ৬৪
সম্প্রদায়গী লম্বোইবনা খুলসিদা লৈবগা।
করি মরমগীদমক উনদ্রিবা ঐখোঙ্গী॥ ৬৫
লম্বোইরগা ইশৈ শাক্র জগোই শারে
ভাবকশা লোয়নহুনা সঙ্কীর্ত্তন্ তৌরে॥ ৬৬
বেদান্ত পাবা ধ্যান তৌবা হন্মনি লম্বোইবগী।
মসি নত্তুনা ভাবকী মচৎ-চৎপা করিগী॥ ৬৭
নতৌদ যেংবদা শাক্ষাৎ নারায়ণ মানবা।
মরম করিগীনো অতোনবা লমচৎ চৎলি॥ ৬৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

প্রকাশানন্দগী মপুক্রিংদা অসিগুম্বা নাপন নমস্নু লৈরম্বী হাঙ্গনা নীংই, মাহুদি, মহাক্তি অচৌবা সরস্বতী সম্প্রদায়গী লম্বোইবনি; অদুগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যাদি অতোনবা ভারতী-সম্প্রদায়গী লম্বোইবনি। কারন্দ্রবা নাপন অসি প্রকাশানন্দগী থমোইদা ফোংদোক্লা লৈরম্বা মরম্না প্রভুগী অত্তকৃপা ঐশ্বর্য্য থুংলরবস্নু প্রভুনা অতোনবা সম্প্রদায়নি হাঙ্গনা মশানা হাঙ্গরম্মী।

৬৩-৬৮। প্রকাশানন্দনা মতম অদুদা প্রভুগী খুৎ পাঙ্গরহুনা য়াম্না ইকাই-খুম্না প্রভুবু লম্বোইবশিংগী সভাদা পুশিন্দুনা ফমহল্লে, ফমহল্লগা তাকপিবগী মওংদা প্রভুদা

প্রভু কহে—শুন শ্রীপাদ! ইহার কারণ।
গুরু মোরে মূর্খ দেখি করিলা শাসন॥৬৯
মূর্খ তুমি তোমার নাহিক বেদান্তাধিকার।
কৃষ্ণ মন্ত্র জপ সদা, এই মন্ত্র সার॥৭০

অর্থ :—

তাবিয়ু শ্রীপাদ! মাসিগী মরম,—হাঙ্গী প্রভুনা।
ঐবু অপগুবনি খল্লুনা য়ায়কপি গুরুনা।৬৯
নংনা বেদান্ত পাবা ওয়োই নংদি মূর্খনি।
তত্তুনা কৃষ্ণমন্ত্র জপ তৌ মাসিনা মচি-নি।।৭০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

হাঙ্গয়কই, হাঙ্গয়ক্লিবা অহু পযাব খরা অসিদা ফোংদোক্লে, পয়াব—খবা অসিদগী খণ্ডলিবদি প্রকাশানন্দনা লম্বোইবা (সন্ন্যাসী) শিংগী মপুংদা অথোইবনি—গুরুনি, অসুম্না নীংবা অসি মতম অহুদসু কোকলমদে।

সম্প্রদাযগী লম্বোইবদা—মী খাইনা যানববা সম্প্রদাযদা লম্বোইবয়ে; মরম অহুনা হৌজিক্কি নং সমাজদা ঙিনবা তারে। খুল'সিদা—কাশীদা। লম্বোইয়গা নচিংবা—জগোই শাবা, ইশৈ শকপা, থমোই শোনবা মীগা তিন্নবগা নাম সঙ্কীর্তন্নচিংবা তৌবদি—কনাগুম্বা লম্বোইবা অমতনা তৌবা যাদে, অহুবু নহাক্না তৌরে। বেদান্ত পাবনচিংবা—বেদান্ত পাবা ব্রহ্মাবু ধ্যান তৌবনচিংবা লম্বোইবগী তৌকম থোকপা মথৌদি নংনা তৌদরে। নতৌদি নগুন্তি। নংগী তৌগুম্বা ঐশ্বর্য্যগী নগুণ উবা ফংলে, মহুদা তশেংনা খঙবা ওয়ে, নং অসি অচম্বা মীদি নত্তে—নং সাক্ষাৎ নারাযণনি; অহুমদি ওইয়গা নংনা কবিগী হৌনদবা অতোনবগী থবক তৌরিবনো?

প্রকাশানন্দগী য়া তাবদগী খণ্ডবা ওম্মী, শান্নবা হৈবা প্রভুনা মফম অসিদা মশাম্না (শান্নবা মখল) অমা শান্নরি। প্রকাশানন্দদি ব্রহ্মবাদীনি। মহাক্না নারায়ণ-নচিংবা মশক অসি য়ারমদে। হৌজিক্কি প্রভুনা অন্তর্যামী ওইনা প্রকাশানন্দগী থমোইদা লৈহুনা মহাক্কী অয়ানবা চুমদবা অহু কোকহন্দুনা, মূর্ত্তি নাইবা মশক নারাযণ লৈ হাঙ্গবসি খঙহন্নে অমসুং অহুম ওইবা সাক্ষাৎ নারাযণ অহুনা লম্বোইবগী ফিজেৎ শেত্তুনা মহাক্কী মমাংদা লেংহিল্লকবনি হাঙ্গনা থাজরে। তৌইগুম্বসুং অসুম হাঙ্গনা ভাব শাহন্নকবদা প্রভুগী শক্তিনা অমুক কুপশিনখরে; মরম অহুদগী প্রকাশানন্দনা অমুক হঙ্গচবক্লে 'নংনা কবিগী অতোনবগী লমচৎ চংলিবনো?' (প্রভুবু নারায়ণ-না শল্লবপনি হাঙ্গনা খল্লম্বা অহু, জ্ঞান অহু কুপশিনবিরবদি অতোনবা লমচৎ চংপগী মরমদা হংলিবা অহু হংলমমাইদবনি)। থাঙ্গৈশেংবদি শ্রীশ্রীনামগী মগুণ ফোংদোকপদা খুদোংচানবগীদমক প্রভুনা প্রকাশানন্দগী মরমদা অসিগুম্বা লালা অমা শান্নবিবনি।

৬৯-৭০। প্রভুবু হচম-চম্বা মী অমা ওইরমাল্লে খন্দুনা প্রকাশানন্দনা য়াহং কয়ামুক হংখি, প্রভুনা অমমম ওইনা মাহুগী পাওখুম পীখি। (তুগী পযাব ৯৩ গী টীকাদা

কৃষ্ণমন্ত্র হৈতে হবে সংসার মোচন।
কৃষ্ণনাম হৈতে পাবে কৃষ্ণের চরণ ॥ ৭১
নাম বিনু কলিকালে নাহি আর ধর্ম্ম।
সর্ব্বমন্ত্র-সার নাম এই শাস্ত্র-মর্ম্ম ॥ ৭২

অর্থ

কৃষ্ণমন্ত্রদগী সংসারগী অন্নাবা কোক্কনি।
কৃষ্ণনামদগী কৃষ্ণচরণ লেপ্পা ফঙনি ॥ ৭১
নাম নত্তনা কলিকালদা অতৈ ধর্ম্ম লৈতে।
মন্ত্র পূম্নমক্কী মচিদি নামনি অতৈ লৈতে ॥

## গৌর-কৃপা টীকা

স্নেবিয়ু)। প্রকাশানন্দনা নীংলম্মী— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যাদি মূর্খ নাঙোইগনি ; মবম অদুনা প্রভুস্থ মশাবু মুর্খনি কোংদোক্নুনা পাওথুম পীবা হৌরকই। প্রকাশানন্দনা নীংলিবা অদুগী মতুং-ইন্না প্রভুনা অতোনবগী য়াঙাং-ঙাওবা অদুদা মচান্না যান্না থন্নাই যাওনা প্রভুগী ৱা পাবা হৌরকই। প্রভুনা অহানবামক্তদা প্রকাশানন্দগী য়াঙং অদুদা লান্নী চুমদে হায়দুনা হৈ-শিংবা উৎলুরবা অমসুং ধ্যানগা বেদান্ত পাবদগী নাম সঙ্কীর্ত্তননা হেন্না হাঙইদুনা প্রমাণ পীবা হৌকরবদি, নাপন চাউবা প্রকাশানন্দগী নীংবা থইখিগনি, মাদুনা মরম ওইদুনা প্রভুদা মহাক্না নিন্দা তৌদুনা কত্তনবা শন্দোবক শু হেংক্কনি মতম অদুদদি প্রভুগী ৱা অসি তপথনা পুক্লিং চংনা তানীংলগাই, মসি অদুনা প্রভুনা হেক্লনবু লাঙইনা জয় তৌবা য়ানবগীদমক অঙকপা লৌশিং অমা থৌরিবনি। থোইদোকপদি মসি বৈষ্ণব-শিংগী লমচংতি অসুম তৌই হাঙইবা উৎপনি। পযাব ৬৯ দগী ৯২ ফাওবদা প্রভুনা পাও-থুম পীরি প্রকাশানন্দগী ৱাহংগী।

প্রভুনা হাঙইরকই—"শ্রীপাদ ! ঐদি মূর্খনি হাঙইবা অদি ঐগী গুরুদেবনা খঙগী, ঐনা বেদান্ত পাদুনা বান্নরোই ; মবম অদুনা গুরুদেবনা ঐংঙোন্দা তাকখিরম্মী— অদি বেদান্ত পাক্লগনু, কৃষ্ণমন্ত্র জপ তৌ, পাওতাক অসিদগী ঐনা বেদান্ত পাদে, কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌই।"

মসিনা মচিনি—বেদান্তগী মচি ওইবা কৃষ্ণমন্ত্রনা সাধন পূম্নমক্কী মচিসি, বেদান্তগীসু মচিনি। মন্ত্রাস্তু কৃষ্ণদেবস্য সাক্ষাদভগবতো হরেঃ সর্ব্বাবতারবীজস্য সর্ব্বতো বীর্য্যবত্তমা। সর্ব্বেষাং মন্ত্রবর্য্যানাং শ্রেষ্ঠো বৈষ্ণব উচ্যতে। বিশেষাৎ কৃষ্ণমনবো ভোগ-মোক্ষৈক সাধনম ॥ হ. ভ. বি ১। ৮৫। ৮৬ ময়েক তবানিপানগী কৃষ্ণ মন্ত্রগী মরমদা হাঙইরি, মাদুদি—ক্লীং কৃষ্ণায়, গোবিন্দায়, গোপীজনবল্লভ য়, স্বাহা। মন্ত্র অসি কৃষ্ণ মন্ত্র ( লাইমিং লৌবগী মন্ত্র ) কৌই। মন্ত্র অসিগী মগুণ্তি হরি ভক্তিবিলাসতা যান্না শাংনা ইখ্রে। কৃষ্ণমন্ত্র 'সর্ব্ববেদান্ত সারার্থঃ'। হ.ভ. বি. ১। ৮১॥" প্রভুনা লৌশিং তৌদুনা মফম অসিদা খঙহল্লী, কৃষ্ণ মন্ত্রনা সাধন পূম্নমক্কী মচি ওইবা মরম্না ধ্যান অমসুং বেদান্ত পাব-নচিংবা সাধন তৌকবগী কান্নবা লৈতরে ; মরম অদুনা ঐনা ধ্যান তৌবদবে অমসুং বেদান্তসু পাক্লদবে।

৭১—৭২। কৃষ্ণ মন্ত্রনা মচি ওই হাঙইবা অদুগী মবম হাঙইজরি। মফম অসিদা কৃষ্ণনামগা মরী লৈনরি : ময়েক তবাগী কৃষ্ণমন্ত্রগা মফম অসিদা মরী লৈনহন্ত্রে, মরম

**এত বলি এক শ্লোক শিক্ষাইল মোরে।**
**কণ্ঠে করি এই শ্লোক করিহ বিচারে ॥ ৭৩**

**অর্থ**

অসি হায়রিদুনা ঐঙোন্দা শোক অমা তম্বিরে।
শ্লোক অসি চীন্দা পুরগা বিচার তৌ তাকপিরে ॥ ৭৩

**তথাহি বৃহন্নারদীয়বচনং (৩৮/১২৬)**
**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।**
**কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥৩**

---

## গৌর কৃপা টীকা

অদুনা নফম অসিদদি কৃষ্ণমন্ত্রগী অর্থ—কৃষ্ণনাম্না ওইবা মন্ত্র ; কৃষ্ণনাম। কৃষ্ণনামগী শক্তিনা কৃষ্ণচরণ ফঙবী অমসুং সংসারগী অরাবা কোকপদি মশানা লোইনজবনি।

৭৩। শ্লোক অসি—মথাদা ইরিবা "হরের্নাম" শ্লোক অসি। তম্বিরে—গুরুদেব-না তাকপিরে। চীন্দা পুরগা—চীনফা পুরগা। হরের্নাম-শ্লোক অসি তম্বিদুনা গুরুদেবনা ঐঙোন্দা (প্রভুদা) য়াথং পাবে "শোক অসি চীনফা পুরগা মাসিগী অর্থ বিচার তৌগদবনি।"

শো। ৩। অন্বয়। কলৌ—(কলিযুগতা) অন্যথা (অতোপ্পা) গতিঃ (উপায়—সাধন) নাস্তি এব (লৈতেত্রে), কেবলং (অরেপ্পা) হরের্নাম এব (হরিগী মিংতনা পাঙ্গলনি) ; কলৌ অন্যথা গতিঃ নাস্তি এব, কেবলং হরের্নাম এব, কলৌ অন্যথা গতিঃ নাস্তি এব, কেবলং হরের্নাম এব।

অনুবাদ। কলিযুগকী মতমদা অতোপ্পা গতি (পাঙ্গন) লৈতে ; শুদ্ধা হরিনামতনা গতিনি। কলি কালদা মায়া সংসার নাম্বে ক্লনবা অতোপ্পা সাধন উপায় অমা লৈত্রে ; শুদ্ধা হরিগী নামতনা পাঙ্গলনি (সাধননি)। কলিকালদা অতৈ গতি লৈতে ; শুদ্ধগী হরিগী নামতনা গতিনি ॥ ৩ ॥

অমদি, হরিনাম, হরিনাম, হরিনামতনা থাজৈশংবা অরেপ্পা গতিনি ; কলিদা অতৈ গতি লৈতে, লৈতে, লৈতে। ৩।

যুগ পূম্নমক অসিদা হোৎনবিবা (সাধন তৌবা) পূম্নমক্কী মকাদি শ্রীহরিগী চরণ ফংননবা হোৎনবা (সাধন তৌবনা) মকা ন। সত্যযুগতা সাধন্না ধ্যান-নি, ধ্যান তৌরগা হরিচরণ

## গৌর-কৃপা-টীকা

মতম অদুদা ফংনরম্মী ; তৌইগুম্বস্নুং কলি যুগতদি ধ্যান তৌননবগী রায়েন অদু মুথৎখরে ; হরিনামতনা অরোইবা সাধন ওইরে। ত্রেতা যুগকী সাধন-দি যজ্ঞ তৌবা ওইরম্মী ; যজ্ঞতনা মতম অদু হরি ফংলম্মী ; তৌইগুম্বস্নুং কলি-দদি যজ্ঞ অদু তৌনবগী রায়েন লৈত্রে ; হরিনামতনা কলিগী অরেপ্পা (অরোইবা) সাধন ওইরে। দ্বাপর যুগকী সাধনা সেবা (পরিচর্য্যা) ওইরম্মী ; তৌইগুম্বস্নুং কলিদদি অদুম ওইবা পরিচর্য্যা তৌননবগী রায়েন পথাপ লৈত্রে ; হরিনামতনা কলিগী অমতঙাইবা অরোইবা সাধনি। সত্য—ত্রেতা—দ্বাপর যুগকী, মতিক চাবা ধ্যান—যজ্ঞ—পরিচর্য্যাগী রায়েন পথাপ অদু কলি যুগতা লৈতবা মরম্না—মদুগী মহুত্তা (মফমদা) শুপ্নগী হরিনামতনা ওইননবগী (শিন্নবগী)দমক রায়েন পথাপ লৈরবনিনা-হরিনামতনা কলিগী অমতঙাইবা অরোইবা সাধনি ; অদুনা হরিনাম নত্তনা কলি-যুগতা অতৈ অতোপ্পা গতিনা (সাধন্না) থবক মক্ক ওইবা য়াদে।

হাঙৈরিবা অসি বৃহন্নারদীয়-পুরাণগী রানি ; রা-শিং অসি শ্রীমন মহাপ্রভুনসু য়াথিরবা রানি ; তৌইগুম্বস্নুং মধ্য-লীলাগী মতাং কুন্নিথোই শুবদা সাধন-ভক্তিগী মরমদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা অতোপ-অতোপ্পা মক্ক ওইবা সাধনগী মমুংদা সেবা অমস্নুং ধ্যান তৌনবগী পাওতাকসু পীবিরম্মী ( ২ । ২২ । ৬৭-৭০) অমস্নুং 'সাধুসঙ্গ, নামকীর্ত্তন, ভাগবত-তাজবা। মথুরাদা লৈবা, শ্রীমূর্ত্তি সেবা তৌজবা॥ সাধন মখল মঙা অসিসু অথোইবনি।" অস্নুমসু তাকপিরম্মী (২ । ২২ । ৭৪, ৭৫) ; মতৌ অস্নুম' মখল মখা অয়াম্বা মওং (অঙ্গ) সাধন-ভক্তিগী পাওতাক পীবিরগা লোইরমদাইদা তাকপিরম্নিবনা—"অঙ্গঅমনা–কনানা ভঙ্গ মন্নাম্না নীংই। পুক্লিং চংলবদি প্রেমগী ঈথক হৌরকই॥" (২ । ২২ । ৭৬)। ইরোই-লোইবদা তাকপিরম্নিবনা ভক্তি মখল অমতং ( অঙ্গ অমতং ) সাধন তৌবদসু মী অদুনা নীংজবা ওদু থুংবা ঙম্মী, মথোঈগী মমিংগা সাধনগী মমিংগা তাক্কুনা "শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রবণম" নচিংবা শ্লোক গ্রন্থকারনা উৎলম্মী, মদুদা শ্রীমদ ভাগবত্তা হাঙৈরিবা ভক্তি মখল মাপলগী মওংমতৌ তাক্লিবা [অদুদা উবা ফংই, ভক্তি মখল মাপল অদুগী মমুংদা নাম সঙ্কীর্ত্তন নত্তবা অতোপ্পা অঙ্গসু (মওংসু) য়াওরি। মসিদগী কনাগুম্বনা পুক্লিংদা রাখন তৌথিবা রাই—নামকীর্ত্তন নত্তনা অতৈ ভক্তি অঙ্গ চংলবসু, নীংজবা মরম অদু থুংবা য়াইনা, শাস্ত্রদা উবা ফংলিবনিনা অমস্নুং "অঙ্গ অমনা" অসিনচিংবা রাহৈদা শ্রীমন মহাপ্রভুনসু মতম অদুদা য়াবিরম্নবনিনা, মতাং অসি গৌরকৃপা মতম অসিদা বৃহন্নারদীয়-পুরাণগী "নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা" রাহৈগী শিজিন্নকম অদু কদাইরাইদনো ? খঙ্গদুনা অমুক্তা বিচার তৌথিসি রাংহনবদি য়াদে

এই আজ্ঞা পাঞা নাম লই অনুক্ষণ।
নাম লৈতে লৈতে মোর ভ্রান্ত হৈল মন ॥ ৭৪
ধৈর্য্য করিতে নারি—হৈলাম উন্মত্ত।
হাসি কান্দি নাচি গাই—যৈছে মদোন্মত্ত ॥ ৭৫ ॥

অর্থ

য়াথং অসি ফংদুনা তংতনা নাম লৌজরে।
অসুম-অসুম নাম লৌবদা সংসার মায়া কাউরে ॥ ৭৪
অণাওবগুম্না তৌরক্তে থাম্বা ঙমদনা।
নোকই কপই জগোই শাই অণাওবগী মতৌগুম্না ॥ ৭৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

মসিগী যারেপ্তি অসুম্না ওইবা য়াই—বৃহন্নারদীয় পুরাণা হাঙ্গৈরিবা "হরের্নাম" শ্লোক মশা অসিমক শ্রীমন মহাপ্রভুনা লৌখৎদুনা শ্রীহরিনামগী খ্বাইদগী অথোইবা ওইবা য়াবগা লোজিনবা মকম খুদিংদা শিন্দুনা লৈ হাঙ্গৈবসিসু য়াবে অমসুং শন্দোকক্লে। মতৌ অসুম্না মকম খুদিংদা লৈবা অসি য়াম্না সাধন-ভক্তিগী মরমদা নাম সংকীর্ত্তন নত্তনা অতোপ্পা অঙ্গসু (মওংসু) উংলম্বা অসিদা—থোইদোকপদি অতোপ্পা অঙ্গগী (মওংগী) সাধনসু অনীংবা পোংশক ফংডী হাঙ্গৈরম্বা অসিনদি প্রভুগী পুক্রিংদা অসুম হায়না পামদুনা লেপ্লে হায়না খল্লে মন্দুদি, শ্রীহরিনামদা চংজরগা অতোপ-অতোপ্পা সাধনগী অঙ্গ (মওং) পুম্নমক অমাদি মওং অমতা চচ্চবদা অনীংবা পোংশক ভদু ফংবা য়াই; তৌইগুম্বসুং নামদা চংজবা নত্তনা অতোপ্পা ভক্তি অঙ্গদা চংজরুবদা কবিসু কান্নবা ফংলোই। মরম অসিনা ভক্তি অঙ্গ পুম্নমক্তা নামকীর্ত্তন চিংথবা য়াদে।

শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা প্রভুনা তৌবা আদি-লীলাগী মতাং তরাতরেৎকী পয়ার ১৯-২২ দা য়েংবিয়ু। ঐথোযনা আহ্নিক তৌবা মতমদা চন্দন উপুদা লাইখুরুম্বা মতমদসু নামকীর্ত্তন চিংথকম থোক্তে।

৭৪-৭৫। প্রভুনা হাঙ্গৈবনি। য়াথং অসি—নামকীর্ত্তন তৌ হায়না তাকপিবা গুরুগী য়াথং অসি। সংসার মায়া কাউরে—সংসার জ্ঞান লৈতরে; থাজৈশেংবা নাম অমসুং নামী নত্তনা অতৈ বিষয় পুম্নমক কাউথরে। মাসি নাম কীর্ত্তনগী মগুণ অমনি। নাম কীর্ত্তন তৌবগী মগুণা মপানগী বিষয় পুম্নমক্তগী পুক্রিং অসি চিংসিল্লকনা নামীদা চংথি। সাধক (লাই নীংজরিবা মী) অদুনা ফিবম অসি ফংজবা ভন্বা মতমদা সাধারণগী মীনা (মী শ.াইনা) মহাকপু অণাওবগুম তৌরে হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈনরে।

তবে ধৈর্য্য করি মনে করিল বিচার।
কৃষ্ণ নামে জ্ঞানাচ্ছন্ন হইল আমার ॥৭৬
পাগল হইলাম আমি ধৈর্য্য নহে মনে।
এত চিন্তি নিবেদিলুঁ গুরুর চরণে ॥৭৭

অর্থ :—

পুক্নিং তপথরক্নগা বিচার মুন্না তৌজরে।
কৃষ্ণনাম্না ঐগী জ্ঞানবু কুপশিনখরে ॥৭৬
ঐ ভাওরে—পুক্নিং তপথবা ইউম-ঙম্নক্নরে।
অসি খন্দুনা গুরুগী চবণ্ডা হাঙ্গীজবে ॥৭৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

খাম্বা ঙমদত্নুনা—খাণ্ডবা ঙমদত্নুনা, তপথনা লৈবা ঙমদত্নুনা। অঙাওবংগম তৌরক্লে—ভাওরবদি মীনা নোক্নগনি হাঙ্গীবগী জ্ঞান মাঙখরে, মীব কিবম্নু লৈত্রে, ইকাই-ইকি মাঙখরে, ভাবকী মতুং ইন্না করিগুম্বা মতমদা নোকই, কপই, ইশৈ শকই, জগোই শাই। নাম সঙ্কীর্ত্তন অস্নুম অস্নুন তৌরকপদা ভক্তগী থমোই অত্নু মপানগী বিষয়দগী (মাযাদগী) চিংসিন্দুনা নাম অমস্নং নামী শ্রীকৃষ্ণদা চংখি, মতম অত্নুদদি ইকাই-হকিগী রাখন লৈত্রে, নামগী মুংঙাইবা অত্নুনা করিগুম্বা মতমদা নোকই, কপই, শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-লীলানচিংবা ইশৈ শকই। তৌরকইবা পুম্নমক অসি কৃষ্ণ প্রেমগী মপানগী খুদম্নি এবংব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ। হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোক-বাহ্যঃ ॥ শ্রীভা, ১১।২।৪০॥"

কৃষ্ণপ্রেমগী গুণা করি ফিবম ওইখিবগে হাঙ্গীবদু ইঙ্গিৎনা প্রভুনা খঙহন্লে।

৭৬-৭৭। প্রভুনা হাঙ্গীবনি। ঐগী জ্ঞানবু কুপশিনখরে—(কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন অস্নুম অস্নুম তৌবদা) ঐগী জ্ঞান মাঙখবে ; ঐগী অক-ফত্তা থম্নবগী রাখন মাঙখরে। ভক্তিরাণীনা ভক্তগী থমোইদা লেঙশিনবিবা মতমদা ভক্তগী থমোইদা অঙকপা হাঙ্গীফম খঙদবা অতোনবা রাখল (পুক্নিং) অমা ফাওরকই—মহাক্না মী পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইরবস্নু মশা মহাক্না যাম্না তোনথরবা মতিক চাদবা অমনি হাঙ্গীনা পুক্নিংনা নীংজে, মরম অত্নুনা ইবুংঙোগী থমোইদা প্রেম ফাওরক্লবস্নু পুক্নিংনা প্রেম ফাওবিবক্নে হাযনা নীঙ্গীনীংদে, মশাদা কৃষ্ণপ্রেম ফাওরক্লিবা অত্নুবু অঙাওবগী খুদম্নি হাঙ্গীনা পুক্নিংনা নীজে। মবম অত্নুনা অঙাওবা

কিবা মন্ত্র দিলা গোসাঞি! কিবা তার বল।
জপিতে জপিতে মন্ত্র করিল পাগল ॥৭৮
হাসায় নাচায় মোরে করায় ক্রন্দন।
এত শুনি গুরু হাসি বলিয়া বচন ॥৭৯
কৃষ্ণনাম মহামন্ত্রের এইত স্বভাব।
যেই জপে, তার কৃষ্ণে উপজয়ে ভাব ॥ ৮০

**অর্থ :—**

গোসাঞি করম্বা মন্ত্র পীবা! অঙকপা শক্তিনি।
জপ তৌন-তৌন মন্ত্রনা ঐবু ঙাওহনবনি ।।৭৮
ঐবু কপহল্লী নোকহল্লী শাহল্লী জগোই।
অসি তাবগা গুরুনা নোক্‌না হাঙ্গৈরকই ।।৭৯
কৃষ্ণনাম মহামন্ত্রগী মগুণ্ডি অহুনি।
জপপু তৌজরবদি প্রেম হেক্তা পোর্‌রবনি ॥ ৮০

---

## গৌর-কৃপা টীকা

হৌরকপা অহু কোয়নবগী মবমদা কবি কবিগুম্বা মতমদা শ্রীগুরুদেবদা চংজে। মতৌ অসিগুম্বা ফিবমগী য়া অসি প্রভুনা যোংদোকই।

৭৮—৭৯। প্রভুনা গুরুদেবগী চরণগী হঙ্গৎপা য়াহৈ অহু শৈরেং তংখাই অসিনি। অঙকপা শক্তিনি—মন্ত্রগী মপাঙ্গল শক্তি অসি হাঙ্গৈকম খঙদে। ঙাওহনবনি—ঐবু ঙাওহনবা ঙম্বা শক্তি লৈবনি। "জপ তৌবদা ঐবু ঙাওহল্লে।" নাম বু মফম অসিদা মন্ত্র ওইনা লৌরে।

৮০। প্রভুনা হঙ্গচ্চবা য়া অহু গুরুদেবনা ভারগা নোকফেং-নোকফেং তৌহুনা হাঙ্গৈবকই। য়াশিং অহু পযাব ৮০-০৯ দা কোংদোক্লি। মহুগী ভাবতি অসিনি—"নংনদি ঙাওবে হাঙ্গৈনা নপুক্লিংনা নীংলি ; তৌইগুম্বস্থং নংদি ঙাওবা নত্তে ; নংগী থমোইদা কৃষ্ণপ্রেম ফাওরকপনি (পোক্লকপনি)। শ্রীকৃষ্ণ-নাম-কীর্ত্তন তৌবগী মগুণ্ডি মহুনি, মী মহাক অহুনা নাম অসি জপ তৌরবদি, মহাক্কী থম্মোইদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্লকনি ; প্রেম অহু পোক্লবদি মশা মতোমদনা কপ্পা-নোকপনচিংবা তৌরকপনি।" মহামন্ত্রগী মশক ওইবা কৃষ্ণনামগী মগুণ্ডি মতৌ অহুম তৌই।

কৃষ্ণ বিষয়ক প্রেমা—পরম পুরুষার্থ।
যার আগে তৃণ তুল্য চারি পুরুষার্থ॥ ৮১

অর্থ

কৃষ্ণগী মরমদা লাকপা প্রেমদি অথোইবনি।
মাগী মমাংদা অপাম্বা মরি নাপীগুম্বনি॥ ৮১

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮১। অথোইবনি—মীনা অপাম্বা পোৎনি; (পরম পুরুষার্থনি) পোৎ অতুগী মথক্তা অমুক হেন্না পাম্বা পোৎ অমা লৈত্রবনি। 'শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমা' জীব-না খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা পোৎ ওই; পোৎ অসি ফংলবদি জীব পূম্নমক্তা পাম্লিবা পূম্নমক কোক্লে; মসি নত্তবা অতৈ করিগুম্বা পাম্নবা পোৎ অমতা লৈত্রে। মাগী মমাংদা—কৃষ্ণ প্রেমগী মাইয়োক্তা নত্রগা মাগা চাংতম্নবদা। নাপীগুম্বনি—নাপীগুম্না মমন য়াওদবনি, করিস্সু লৈতবনি। অপাম্বা মরি—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ—চারি পুরুষার্থ। কৃষ্ণ প্রেমগা অপাম্বা মরি (ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ) গা চাংতম্নবদা অপাম্বা মরি অসি নাপীগুমথবে করিস্সু মমল লৈখিদরে] "মনাগেব প্ররূঢ়ায়াং হৃদয়ে ভগবদ্র তৌ। পুরুষার্থাস্তু চত্বার স্তৃণায়ন্তে সমন্ততঃ। ভ.র.সি.পূ. ১।২২॥"

মফম অসিদা অপাম্বা মরিগী মরমদা খরদং নৈনফম থোকই। সংসার অসিদা মী মথল কম্নামুক লৈ, মথোঙ্গীগী অপাম্বা অহু ইমান-মান্নদে; মথম অহুনা চাউরাক্লা মথোঙ্গীগী অপাম্বা পোৎ অহু মথল মবি থোক্লা খাঙ্দোকপা য়াই, মথল মবি অহুবু অপাম্বা মরি (চারি পুরুষার্থ) হাঙ্গিরগা খঙনরে। মরি অহু মগুণ খরা চাউবনা কোম্না (তুংদা) ইবা তারবদি অহানবদা কাম, মতুংদা অর্থ, মহুগী মথংদা ধর্ম্ম, অমস্যুং ইকোন-কোনবদা মোক্ষ ইবা তারে। কাম হাঙ্গিবা অসিনা হকচাংগী ইন্দ্রি মুংঙাইনবা থনবা অহুবু খঙনৈ, অহুনা ইন্দ্রি মুংঙাইনবা থনবা অহুবু খঙনৈ, অহুনা ইন্দ্রি অসিনা য়ায়া চাননবা (ফংননবা) হোৎনবা নত্তুনা অতৈ করিস্সু খঙবা লৈত্রে হাঙ্গিবদি পাম্বা লৈতরে, মথোঙ্গীগী অনীংবা (অপাম্বা) অহুবু অহানবা অপাম্বা (প্রথম পুরুষার্থ) কাম হাঙ্গিনা কৌই। শা শিংনা মথোঙ্গীগী ইন্দ্রি পেম্নবা তৌবা নত্তনা অতৈ করিস্সু খঙঙবা মরৈত্রে; মীগী মহুংদসু শা-নচিংবগী পুকচেল চেনবা মী লৈ, অহুম ওইবা ফাংনুপকী মীশিং অহুনা মপানগী ইন্দ্রি পেম্নবা তৌবনা মথোঙ্গীগী অপাম্বনি (পুরুষার্থ-কামনি)। মাসিগী মতুংদা অনিশুবা পোৎত্তি অর্থনি (শেলনি)। অর্থ (শেল)—হাঙ্গিরগা মফম অসিদা লুপা-পৈশাবু, লৌরী-মুক্তাচিংবু খঙনৈ, পূম্নমক

## গৌর-কৃপা-টীকা

অসি ফংননবা নীংবা অত্থবু অনিশুবা অপাম্ব (দ্বিতীয় পুরুষার্থ) কৌই। মাসিস্তু ইন্দ্রিয়গী পেম্নবগীদমক্কি; তৌইগুম্বরুং মপানগী ইন্দ্রি পেম্নবগী পোৎতগী মাসিনা থাক থরা বাংঙ্তি হাঙ্গবতনি। শাশিংদি শেম্নচিংবা পামদে, শেম্না মখোঙ্গদা কাম্নবা লৈতে; মশাগী ইন্দ্রি পেম্নবা হোৎনবনা মখোঙ্গগী অরোইবনি; শাগী শুকচেন-চেনবা মীশিংগীগু অসি মথাই। তৌইরুম্সু সমাজগী মমংদা মশাগী ইকাই-খুম্নবা উৎনীংবা তৌবা ওন্না ফোংদোন্নীংবা মী থবক মযাওবকই, অদুগুম্ব কা লূপকী মীশিং অত্থনা শেল পাম্মী, লূপা পৈশা লৈত্রবদি মাত্থ থংবা ওমদে, মবম অত্থনা মখোঙ্গ অত্থগুম্বা মীশিং অত্থনা মশাগী ইন্দ্রি পেম্নবা তৌবস্থু পাম্মী। অদুগা সমাজদা মিৎচৎ থম্নীংবদগী শেলস্থু পাম্মী। মখোঙ্গগী অপাম্বা পোৎতি শেলনি (অর্থনি)। অসিগী মতুংদা ধর্মনি (অহুমশুবা অপাম্বনি)। পারজত্থন চচ্চবিবা থৌবম অমসুং থৌরম অত্থনা মী অত্থবু খঙনীংঙাই ওইনা (ফাবা য়াবা) মাত্থবু ধর্ম কৌই। ধর্ম অসিদা অমুক অচুম্বা ধর্ম হাঙ্গবা অমা, চুমদবা ধর্ম হাঙ্গবা অমা অনি থোক্কা খঙনি। জীব-দা মুংশিবা উৎপা ওম্না, থৌজানহৈবা উৎপা ওম্না অসি অচুম্বা ধর্মনি। জীববু মুংশিদবা-নচিংবা মমা-মপাদা বাঙাং অথীবা য়াহৈনা হাঙ্গবা অসি চুমদবা ধর্মনি; চুমদবা ধর্ম চৎলবদি পুন্সি মসিদা মুংঙ ইবা ফংদে অমসুং য়াম্না থুনা শি।

অচুম্বা ধর্ম চৎপা মীবু ধর্ম লৈবা কৌই, চুমদবা ধর্ম চৎপা মীবু ধর্ম লৈতবা কৌই। কনাগুম্বগী অপাম্বা অত্থনা কাম নত্রগা শেল ফংবা থোকপা, অদুগা মখোঙ্গ অত্থনা ধর্ম অসি লৈত্রবদি অপাম্বা অত্থ মতম পুম্নমক্তা ফংনা ওমদ। মী-শিং অত্থনা পুন্নিংবু খুদুম চংত্থনা করিগুম্বা নীতি অমবু চৎত্রবদি চনীংবা পোৎ অত্থ হেঞ্চনা পংচা-চাশিনখিত্থন হকচাং মন্ডলপা যাই অমসুং হকচাং মাংলবদি ইন্দ্রিনা চানীংবা পোৎ অত্থ চাবা ওম্রক্তে, নীমমাংদা মিৎচৎ থম্নীংবস্থু ওম্রক্তে। কনাগুম্বা পুক্নিং লাকশিনবা হৈত্থনা নীতি অমা কাঙ্গদনা চচ্চরবদি ইন্দ্রিনা চানীংবা চাবদা, মিংচৎ থম্নবা হোৎনবদা অকঙ্গবা লাক্তে ঙাঙ্গবদি মী অত্থনা চানীংবা পোৎতা নত্রগা অপাম্বা পোৎতা পাঙ্গত্থনা লৈবা ওন্দ্রী। মতৌ অসুম্না অপাম্বা পোৎ অত্থ ফংননবগী মরমদা চৎলিবা নীতি অত্থগী মমিং ধর্ম কৌই ধর্ম অত্থনা মী অত্থগী পুন্সিস্থু চাওখৎহল্লী। পুন্সি চাওখৎহনবা পাম্লিবা মীশিং অত্থনা অপাম্বা অত্থ ধর্মনি। অসি ফাওবদা, মপোক অসিগী মুংঙাইনবগী চাবা ফংননবগী ম্না-তমক মহাঙ্গরি। কনাগুম্বগী অপাম্বা অত্থনা কামগা অর্থগা (শেলগা) অনি অসিত্রা ওইরবদি মখোঙ্গ অত্থদি মপোক

## গৌর-কৃপা টীকা

অসিত্তগী রাখন-খনবা মীনি, মপোক অসিদা নুংঙাইরগা লোইয়ে চাবগা লোইরে হৌরিবা মীনি, মতুংগীদি কবিস্ম খনখিদবা মীনি (লৌঃ গুবস্সুং পুক্ষ অসিগী রাংমদসু মপান্দস্ম ধর্ম্মনা শিস্কংনা লেঙদনা লৈ। কনাগুম্বনা হয়েমুক্তী মপোক্তা স্বর্গনচিংবা নুংঙাইবা ফংনীংলবদি মাতুগী মতুংইন্না থবকতু তৌবা যাই অমসুং থবক অদুগ মখোইগী ধর্ম্মগী মঙুংচননবান। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম নত্রগা স্বধর্ম্ম—বেদনা য়াবা কর্ম্মনি। ধর্ম্মগী মশক ওইবা বেদনা যাবা থবক তৌবদা হন্দক্কী মপোক অসিদা অমসুং হয়েংমুক্তী মপোক্তা নুংঙাইবা ফংবা লৈ, নীতি নমগা মতুংইদা বেদশাস্ত্র (লাইরিক্কা) চয়ে হাইনা লেপ্লবা থৌরমশিং অদু ধর্ম্মগী মঙুং চরবনি। মাসি ফাওবগী অকুমগুবা অপাঙ্গা (তৃতীয় পুরুষার্থ ধর্ম্ম) ধর্ম্মগী রানি। অসিগী মতুংদা ওবিশবা অপাঙ্গা মোক্ষ (চতুর্থ পুরুষার্থ মোক্ষ) ইজবি।

কাম অর্থ (শল) অমসুং ধর্ম্ম—অপাঙ্গ (পুরুষার্থ) অহুম অসি হকচাংগী নুংঙাইনবগীদমক্কি হয়েংমুক্তী মপোক্তা স্বর্গনচিংব ফংনা নুংঙাইব ফংবস্মু হকচাংগীদমক্কি শাম্নন হাইবি, হন্দক্কী মপোক অসিদ হকচাং (ইন্দ্রগী) নুংঙাইনবগীদমক কোইথিথিবিবা হাইবদি কম অমসুং শলবু পামজুন থিরিশ মখোই অতুদি সংসরগী লোকপশিংদগী রাংমলানবা ওমদে, অমসুং শাস্ত্রদা অসিস্ম হাইবি, হয়েমুক্তী মপোক্তী স্বর্গনচিংবা ফনবগীদমক হোংনরিবা মখোই অহুস্ম পে কপা-শিবদগী লাম্থোকপা ওমদে, থবক অকবা তৌখিবা অতুগী মরম্মা (পুণ্য কর্ম্ম ফল না) মতম শবগীদমক (মতম কক্লা) স্বর্গনচিংব য়া নুংঙাইবা ফংই। থবক্কী মাইহ (ফল) অদু লোইশ্রবদি অমুক হন্না সংসাবদা লাকই, অমুক হন্না পোক্‌পা-শিবগী খংযাত্তা তাই। বাখল লৈবা মীদি বুদ্ধি ফবা মীদি পোক্‌পা-শিবগী অরাব অসিদগী লাম্থোক্‌নবা উপায় থি পোকপা-শিবা যাওদবা (লাম্থোকপা) অদুবু মোক্ষ=(অবান খুবম ফংবা=সংসার মুক্তি) ফংবা কৌই। মাতৌ অদুম্না সংসাবগী অরাবদগী লোক্‌নবা হোংনরিবা মখোই অতুগী অপাঙ্গদি (পুরুষার্থদি) মোক্ষনি মাসি মরিশুবা অপাঙ্গা কৌই অমসু অপাঙ্গা মরিগী মতুংদা মোক্ষনা (অবান-খুবম ফংবনা) ইহেন হেন্না ফৈ। কাম—না অপাঙ্গা ওইনা হোংনরিবা মখোই অতুগা মী মশিংদি য়াম্না যামখয়ে, মতৌ পুম্নমক্তগী হেন্না, শেল (অর্থ) না অপাঙ্গা ওইনা নীংলিবা মখোই অতুগী মী মশিংনা খরা হৈগে, ধর্ম্মনা অপাঙ্গা ওইনা নীংলিবা মখোই অতুগী মী মশিংনা অমুক খবা হেন্না হৈগে, মোক্ষনা অপাঙ্গা ওইনা নীংলিবা মখোই অতুগী মী মশিংনা খ্বাইদগী

## গৌর-কৃপা-টীকা

হেন্না হৈ্হে (য়ামদে)। খরা খরা হেন্না ফগংলকপগী মতুংইন্না নৈনবদা খুদোংচানবা হাঙ্গৈতুনা কাম, অর্থ, ধর্ম্ম অমসুং মোক্ষ অসুম্না ইরুবতনি। শাস্ত্রকারশিংনদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ অসুম্না মথং-মনাও শাতুনা ইনৈ। ধর্ম্মনা মরম ওইতুনা উ-পাম্বী ওইরগা শেল-না মহৈ ওই; অমুক শেল-না মরম ওইরগা কাম-না (ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা ফংবা) মহৈ ওই; ধর্ম্মনা মরম ওইরগা মোক্ষনা মহৈ ওই; ধর্ম্মগী থৌওং খুদম অসি ফোংদোক্রবদি মাগী মহৈ ওইবা (ফল ওইবা) মোক্ষ অসি ফংবা ঙমদে। ধর্ম্ম য়াম্না লৈবগা মোক্ষ ফংবা ঙম্মী। মোক্ষ ফংলবদি সংসারদা পোকপা-শিবগী হুঙ্গংহন্দা চংপা অসি তৌদ্রে।

পুরুষার্থ (অপাম্বা) মরি অসিবু চতুর্ব্বগসু (বর্গমরিসু) কৌই; ধর্ম্ম, শেল, অমসুং কাম (ইন্দ্রিনুংঙাইবা) অহুম অসিবু বর্গ অহুম কৌই। সাধারণ মী-শিংগী মনুংদা শেং-চাবদা যাম্না পামজবশিং অতুনা বর্গ অহুম অসিবু ফংননবগীদমক কোইথি-থি; মোক্ষ ফংননবগী য়াদি নাংশিংদে, খন্দে। ধর্ম্মগী থবক ইয়াও-য়াওদনা শেন্তুনা নম্ভগা কামতনা অনি অসিদনা সেবা ওইবা অসি নীতি শাস্ত্রদা মখোঙ্গী অতুবু নোক্লে। শেন অমসুং কাম-না সেবা তৌবা অসি মতম কুইদে; নহালমুক্কী মপোক্কী মতমদা অফবা থবক তৌরকপগী মরম্না (ফলনা) হন্দক্কী মপোক অসিদা চাবা ফংলিবনি, মাতু চাবা লোইরগা মমৈথংদা পেলহৌদবগী অচাকপা অমা লৈহৌই। ধর্ম্মগী থবক তৌদ্রবদি অনৌবা শেল ফংবা ঙমদে।

ধর্ম্ম, অর্থ (শেল) অমসুং কাম (ইন্দ্রিগী নুঙাইবা) অহুম অসিদগী নুংঙাইবা ফংইদি হাঙ্গৈববু মাতু অরেপ্পা নুংঙাইবা নত্তে, অরোইবা নাইবা নুংঙাইবনি (জড় সুখনি); মাতুনা চিৎস্বরূপ জীবাত্মাবু শোকপা ঙমদে।

মরিশুবা অপাম্বা মোক্ষবু ফংজনীংবা মখোঙ্গশিং অতুদি, হকচাংগী নুংঙাইনবগীদমক খনখিদরে; হকচাং অসি লৈরবদি হকচাংগী য়াননবগী মশক ওইবা চানীংবগী-ফংনীংবগী য়াখল পোক্লকপা য়াই, অতুগা সংসারগী হৌনবী পোক্ল-শিরা তৌবসু লোইবা নাইররোই হাঙ্গৈতুনা মহৈ নিবা ধর্ম্ম স্বকাম থাদোক্তুনা মহৈ নিদবা ধর্ম্ম নিষ্কামরোমদা চংখিতুনা মখোঙ্গনা হকচাংদগী—জীবাত্মাবু খাইদোক্তুনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিলজবা পামজৈ। মখোঙ্গনা মোক্ষ অদু ফংজবা মতমদা মখোঙ্গী হকচাং লৈদ্রে; সংসারগী-হুঙ্গং-হন্দা চংপসু লৈদ্রে; অশেংবা জীবগী মশক ওইতুনা ব্রহ্মানন্দদা লুপ্তুনা

## গৌর-কৃপা-টীকা

লৈ ; মখোঙ্গনা অসিগুম্বা ফিবম অসিদা লেঙদনা লৈহুনা মতম্বা লৈরিবা মথৈ ব্রহ্মগী মুংঙাইবা চাহুনা লৈ। মাসি-অরোইবা নাইবা মুংঙাইবা নত্তে, চিদানন্দনি (চিংকী মুংঙাইবনি)। ব্রহ্মগী মুংঙাইবদি ওমথৈ নাইদে। ধর্ম্ম, শেল (অর্থ) অমসুং ইন্দ্রিগী অপেনবদগী (কামদগী) ফংবা মুংঙাইবদি ওমথৈ নাই। অদুনা চাংদা, শাগৈদা, মশক্তা, মতমদা মরম খুদিংমক্তা অপাম্বা অদুমদগী মরিশুনা অপাম্বা মোক্ষনা ফংবা, ব্রহ্মগী মুংঙাইবা অদুনা অঙকপা ফংনা হেনখরে। 'অপাম্বা' হায়বনা কবি খঙনগদগে হাঙ্গবদা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা অরেম্বা পোৎপু খঙনকম থেংই ; মতম খবা লৈরম্বগা খাই মাঙখিবা পোৎতি কনাস্মু পামদে; অপিকপা পোৎস্মু কনাস্মু পামদে। হাঙ্গিবা অসিনা অচুম্বনিনা অপাম্বা মবিগী মমুংদা মোক্ষ ফংববুদি অপাম্বা অদু ফংলে হাঙ্গবা য়ারে, অদুগা অতোপ্পা বর্গ (অপাম্বা) অদুম অদুবুদি অপাম্বা (পুরুষার্থ) হাঙ্গনা যাদে। অদুমদি ওইরগা ময়াম অদুবু অপাম্বা হাঙ্গকবিবগা মরমদি অসিনি—অহানবদা ধর্ম্ম, অর্থ, অমসুং কামনা থোংদোক-হেন্দোকপা নহৈ পীত্রব সাধারণ (অচপা) মীনা অদুম অদুবুনা পাম্মী হাঙ্গনা ব্রাখন তৌই। অদুম অসিবু অপাম্বা মবিগী মমুং চল্লগা অসিদা কল্পি খঙহল্লিনগে হাঙ্গবদা সাধারণ মীগী চিংযেংদা ময়াম অসিবস্মু অপাম্বা ওইরি। মী পুম্নমক হিংহুনা লৈবা পাম্মী ; হিংহুনা লৈবা তাববদি হকচাংবু ভাক-শেন্দুনা চেকশিন্না লৈকম থোকই ; হকচাংবু ভাক্লনবগী দমক চাদবা, যাদে, চাফম থোকই ; অদুগা চাননবা পোৎ অদু ফংবা তাবগদি ধন্ম তোবা তান্নকই। মরম অসিনা হিংহুনা লৈননবগী দমক ধর্ম্ম, শেল (অর্থ), কাম (ইন্দ্রিপেলহনবা) চংই, মতম অদুদা ময়াম অদু অপাম্বা ওই। তৌই অমসুং হিংননবগী দমক্তি হকচাংবু ভাক্কদনি হাঙ্গনসি য়াকম থোকই, অদু ওইরবদি হকচাং ভাক্লনবগী অমসুং মাহুগীদমক্তি ধর্ম্ম শেল (অর্থ) অমসুং কামনা (ইন্দ্রিয় পেনবনা) অপাম্বগী মশক ওইনা য়ারুবগী থোইদোকপা অচুম্বা, কান্নবা লেতে; শা-শিংস্মু মশাগী হকচাং ভাক্লনবগীদমক হোৎনৈ। হকচাং ভাক্লনবগী মরমদা অন্নাবা কোক্লনবা অমদি য়ান্না মুংঙাইবা ফংননবা হোৎনবগদি ধর্ম্ম,—অর্থ (শেল)—কাম চংই, চংলিবা অসি থাক্লৈশংবা হকচাংগী দমক্তনি হাঙ্গনা খল্লুরবদি বর্গ অদুম অসি মনিশুবা অপাম্বগী মওংদা (হাঙ্গবদি ইচম-চম্বা মওংদা) শিজিন্নখরে, মরু ওইবা পোৎপু অচম্বা তাহনখরে ; মরু ওইবা তাগাদবগী মরমদি অসিনি—অরান-খুবম ফংনবা (মোক্ষ) হোৎনবগী (সাধন তৌবগী) মরমদা হকচাং ভাক্লবগীদমক খজিক্তং চাবা (ফংবা), অমসুং চাব অদু ফংননবগীদমক শেল খরদং চংদবা য়াদবা তাডুতং অপাম্বা খজিক্তং ফংবা অদুদা য়াহুনা (পেন্দুদা) মোক্ষ ফংননবগী মরমদা চংশিল্লবদি

# গৌর-কৃপা-টীকা

ধর্ম্ম, অর্থ ( শেল ) অমসুং কামসু 'মরিশুবা অপাম্বা'গী তেংবাংবা ওইবা ওন্মী। মোক্ষগী তেংবাংবা ওন্মী হাঙ্গৈদুনা বর্গ অহুম ( ধর্ম্ম-অর্থ-কাম অহুম ) অসিবু অপাম্বা অমনি হাঙ্গৈরিবনি। মোক্ষগী মায়কৈদা চংশিল্লবদি ধর্ম্মগী ফোলনা ( মহৈনা ) শেলনি, শেলগী ফোলনা ( মহৈনা ) কাম-নি ( চাবনি ) অমসুং চাবগী ফোলনা হকচাং ঙাকপনি— অসুম্না ওইহল্লগা মাক্ষ ফংনবা হোংনবা ওন্মী। মরম আসনা শাস্ত্র হৈবশিংনা থবক মরমগী মতুংইন্না মথ-মনাও নাইনা মমিং থোন্দুনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ অসুম হাঙ্গনা অপাম্বা মবি ইরিবনি।

তোইগুম্বসুং ৬ম ওইবা ব্রহ্মা নুংঙাইবদগীসু হেন্না নুংঙাইবা লৈবি। ব্রহ্মগী নুংঙাইবা হাঙ্গৈবসিদি মওং নাইদে, মওং নাইদবা ব্রহ্মদা স্বরূপশক্তিনা শান্নদে; শান্নদে হাঙ্গৈদুনা নুংঙাইবগী অঙকপা লৈতে, রস চুপ্পগী অঙকপা ফংনা নুংঙাইবসু লৈতে; ব্রহ্মগী নুংঙাইবা হাঙ্গৈবা অসিদি, চাং অমদা নুংঙাইদুনা লৈবনি, চিন্ময়না (রাখল্লা) নুংঙাইবা লৈ, তৌইগুম্বনা নুংঙাইবগী অঙকপা ফংবদি লৈতে, নুংঙাইবগী ইথক কারক্পসু তৌদে, চাউথংলকপসু লৈতে, মহাওদি লৈ, তৌইগুম্বসুং মহাও অদুগী অঙকপা লৈতে, মিকুপ খুদংগী অনৌ-অনৌবা রস পোক্লক্তে মরম অদুনা ব্রহ্মানন্দ অসি পাম্নফম পোৎশক ওইনবসু অদুক যাম্না পাম্নফম থোক্তে—মদুদগী হেন্ন পাম্নফম থোকপা পোৎশক লৈরি। ব্রহ্মানন্দদগী হেন্না পাম্নফম থোকপা পোৎশক অদু কবিনো? পেং অদুদা ব্রহ্মদগী থোইদোক-হেন্দোকই হাঙ্গৈবা ফোংদোকপা লৈরবদি পোং অদুমক পাম্নফম থোকপা পোৎশক্নি। শ্রুতিনা ব্রহ্মবু রসকী মথক্নি হাঙ্গৈবি। ব্রহ্মনা মশাগী শক্তি পুথোরকপদা খেন্নবগী মতুং ইন্না বন-স্থু থৈন্নে (১।৫।৮৩)। রস শাৎকাইবক্পা মতমদ অদুক্কী মতিক য়াম্না শাৎকাইরগা মহাও লৌবদা অঙকপা ফংনা হাউই অমসুং পাম্নফম থোকপা অদুসু অদুক্কী মতিক হেনগৎলী। শাক্ত শাৎকাইবা (ফোংদোকপা) রাংলি হাঙ্গৈদুনা ব্রহ্মদা রস-স্থু রাৎনা ফোংদোকই। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদদি শক্তিনা অঙকপা ফংনা যাম্না মরাং কাঙ্গনা শাৎকাইবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণদা রস-স্থু ওমথৈ লৈতনা শাৎকাই, মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণদা অঙকপা ফংনা রস চুপফম ওই. পাম্নফম থোকপা পোৎশক ওই অমসুং ব্রহ্ম-নন্দ থৎথেংনা শাৎকাইফম ওই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য চুপ্পদা নুংঙাইবা পোকপা অদুনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মানন্দদগী শকক কোটি কোটি হেম্না পাম্নফম থোকই। অদুম ওইবা মাধুর্য্য অদুগী চিংসিনবগী পাঙ্গনসু অসুক্কী মতিক কনখবে, মদুনা কোটি ব্রহ্মাণ্ড পরব্যোমদা লৈরিবা মশকশিং অদুগী পুক্নিং অদু বলাৎকারনা চিংশিল্লী। লক্ষ্মীশিংগী পুক্নিংসু চিংশিল্লী। মসিদসু

## গৌর-কৃপা টীকা

নত্তনা "মশাগী শক অদু মিংশেন্দা উরগা কৃষ্ণ মশানা অঙকপা ফংই, মপুক্লিংদা মহাও চুপ্লীংই । অসুম ওইবা অঙকপা মাধুর্য্য অসিবু মহাও লৌননবগী উপায়দি প্রেম ভক্তিনি— মশাগী মুংঙাইবা থিদনা কৃষ্ণগী মুংঙাইনবতা থনবা অদু প্রেমনি ।"

প্রেম অসিগা লোইননা বস-কী মশক পরতত্ত্ব-বস্তু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবতনা, জীব-না মশম শাংনা মুংঙাশবা ফংজগে হাঈনা নীংজবপা অদু, মপুং ফানা অপেনব ফংবা থম্মী, জীব-না মুংঙাইবগী মশক অদু ওইবা ওম্মী । "বসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি । শ্রুতি ॥ শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যগী মুংঙাইবা অদুবনা ব্রহ্মানন্দ ( ব্রহ্মগী মুংঙাইবা ) দগীসু হেন্না পাম্নে, মাদুগী চংনবী প্রমাণ অমদি অসিনি. আত্মারাম ওইবা সাধুশিংনা । জীবন্মুক্ত-ব্রহ্মানন্দদা লুপ্পুনা লৈবশিংনা ) শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যা । বা তারগ মথোযসু মাধুর্য্য অদু চুপ্না পামজদুনা প্রেম ফংননবগী মবমদা শ্রীহরিবু ভজন তৌই ( নীংই ) । "আত্মারামাশ্চ মুনযো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণোহরিঃ ।। শ্রীভা ১।৭।১০॥" ব্রহ্ম-সাযুজ্য ফংজরবা ভক্তশিং অদু ফাওবা প্রেম পাসি ফংননবগীদমক হোংনৈ হাঈবগী র তাবা ফংই । 'মুক্তা অপি লীলয় বিগ্রহং কৃত্বা ভগবন্তং ভজন্তে । নৃসিংহতাপনী ।২ ৫।১৬ শঙ্কর ভাষ্য " অবান-থুবম ফংলবা মীশিংনা ( মুক্ত ওইবব মীশিংনা ) ভগবদনীংবগী রা বেদান্তদসু উবা ফংই । "আপ্রায়ণাৎ তত্রাপি হি দৃষ্টম ।। ব্র. সূ, ৪।১ ১২ ।। সূত্র অসিগী গোবিন্দ ভাষ্যদা ইবি—"স যো হৈতৎ ভগবন মনুষ্যেষু প্রায়ণান্তমোঙ্কারমভিধ্যায়ীতেতী ষটপ্রশ্ন্যাং যং সর্ব্বে দেবা নমন্তি মুমুক্ষবো ব্রহ্মবাদিনশ্চেতি নৃসিংহতাপন্যাঞ্চ শ্রূয়তে অন্যত্র চ এতৎ সাম গায়ন্নাস্তে তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ ইত্যাদি ' ইহ মুক্তি পর্য্যন্তং মুক্তানন্তরঞ্চোপাসনমুক্তম্ । তৎ তথৈব ভবেদ্ভুত মুক্তি পর্য্যন্তমেবেতি সংশয়ে মুক্তিফলত্বাৎ তাৎপর্য্যমেবেতি প্রাপ্তে আপ্রয়নাৎ মোক্ষপর্য্যন্ত-মুপাসনং কার্য্যমিতি । তত্রাপি—মোক্ষে চ । কুতঃ হি যতঃ শ্রুতৌ তথা দৃষ্টম । শ্রুতিশ্চ দর্শিতা । সর্ব্বদৈনমুপাসীত যাবদ্বি-মুক্তিঃ । মুক্ত অপি হ্যেনমুপাসত—ইতি সৌপর্ণ শ্রুতৌ তত্র তত্র চ যদুক্তং তত্রাহুঃ । মুক্তেরুপাসনং ন কার্য্যং বিধিফলয়োরভাবাৎ । সত্যং তদা বিধ্যভাবেহপি বস্তু সৌন্দর্য্যবলাদেব তৎপ্রবর্ত্তে । পিত্তদগ্ধস্য সিতয়া পিত্তনাশেহপি সতি ভূয়স্তদাস্বাদবৎ । তথাচ সার্ব্বদিকং ভগবদুপাসনং সিদ্ধম ॥" রা শিং অসিগী মমুংগী অর্থদি অসিনি—কনাগুম্বা শ্রুতিনা হাঈ—মুক্তি ফংবা ফাওনতা লাই নীংগদবনি, অদুগা কনাগুম্বা শ্রুতিনা হাঈরি মুক্তি ফংলবা মতুংদসু লাইনীংফম থোকই । মতৌ অসুম্না অমগা অমগা ঈমান-মান্নদবা অসিদা অরেপ্পা অমদি লৈতবা য়াদবনিনা বেদান্ত

পঞ্চম-পুরুষার্থ প্রেমানন্দামৃত-সিন্ধু।
মোক্ষাদি আনন্দ যার নহে একবিন্দু ॥ ৮২

অর্থ :—

মঙাশুবা অপাম্বদি প্রেমামৃত-সিন্ধুনি।
মোক্ষনচিংবা নুংঙাইবনা মবিক ফংদ নি ॥ ৮২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

ব্রহ্মানন্দগী (ব্রহ্ম নীংদ ফংবা নুংঙাইবগী) মতোঙ্গুম্না কৃষ্ণ সেবা তৌবদা ফংবা নুংঙাইবদ চিদানন্দনি (চিংনা নুংঙাইবনি), মবম করুনা জাতিদী (শাগৈদী) ব্রহ্মানন্দগা কৃষ্ণ-সেবানন্দগা অমত্তনি. মহাও লৌবদা কৃষ্ণ-সেবানন্দনা অওকপা ফংবনচিংবা ৈল হাঙ্গীহুনা অথোইবা ওই। মথক্তা হাঙ্গীজখরে—ধর্ম্ম, অর্থ অমস্থুং কাম অপাম্বা অহুম অসিগা মবিশুবা অপাম্বগা চাং তম্নবদা মবম নুদিংমক্তা অপাম্বা অহুম্না য়াম্না হুম্থখরে। অদুগা তামুক কৃষ্ণ-সেবাগী নুংঙাইবা সমুদ্রগুম্বগা ব্রহ্মানন্দগা (ব্রহ্ম॥ নুংঙাইবগ) চাং তম্নবদা ব্রহ্মানন্দদি মণ থোঙ্গুলপম্না পিকখরে য়াম্না চমখরে (হরি ভক্তিসুধোদয ১৭।৩৬) "মঙাশুবা অপাম্বদি প্রেমামৃত সিন্ধুনি। মোক্ষনচিংবা নুংঙাইবনা মরিক তমা ফংদবনি॥ ১।৭।৮২॥" মরম অসিনা হাঙ্গীরিবনি প্রেমগা চাংতম্নরুববদি "ন পীগুমথবে অপাম্বা মবিদি।"

৮২ ভক্তি শাস্ত্রদা কৃষ্ণপ্রেম্ম মঙাশুবা অপাম্বা (পঞ্চম পুরুষার্থ) হাঙ্গনা কৌই। প্রেমামৃত-সিন্ধু—প্রেম অমৃত—বাহৈনা খঙনবাদ প্রেম্না অওকপগী মশক ওইনা নুংঙাইবা অমস্থুং সিন্ধু বাহৈন খঙনরিবনা, নুংঙাইবা অহু মপান নাইদবা ওমখৈ নাইদবা খঙনৈ। সমুদ্রদা চাং হাঙ্গীবা ঙমদবা ঈশিং লৈ, অহুগুমহুনা কৃষ্ণপ্রেমস্ম মপান নাইদনা চাংদম্নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা লৈ, সমুদ্রগী ঈশিংদি করিগুম্বা মতমদা ময়েং তাদে, অদুগুমহুনা প্রেমগী নুংঙাইবস্ম ময়েং তাদে মোক্ষ—ভগবানগী করিগুম্বা মশক অমদা তিনবা অহুবু সাযুজ্য কংবা কৌই অস্থুম ওইবা মোক্ষ অসিবু য়াম্না নুংঙাইবা লৈ, তৌইগুম্সুং কৃষ্ণপ্রেমগা চাং তম্নরুববদি কর্মস্ম লৈখিদরে। মোক্ষনচিংবা—ধর্ম্ম, অর্থ কাম অমস্থুং মোক্ষ। কৃষ্ণ-প্রেমগী নুংঙাইবা মহাসমুদ্রগী ঈশিং-ঈপাকা খাম্না চাউবা অহুগা মোক্ষনচিংবা নুংঙাইবগা চাংদম্নবদি মোক্ষদি ঈশং মবিক অমদগী হেন্না পিকথখরে। ১।৬।৪০ পয়ার অমস্থুং ১।৭ ৮১ টীকাদা য়েংবিয়ু।

'কৃষ্ণ নামের ফল প্রেমা'—সর্ব্বশাস্ত্রে কয়।
ভাগ্যে সেই প্রেমা তোমার করিল উদয়॥ ৮৩
প্রেমার স্বভাবে করে চিত্ত-তনু—ক্ষোভ।
কৃষ্ণের চরণ-প্রাপ্ত্যে উপজায় লোভ॥ ৮৪
প্রেমার স্বভাবে ভক্ত হাসে কান্দে গায়।
উন্মত্ত হইয়া নাচে—ইতি উতি ধায়॥ ৮৫
স্বেদ কম্প রোমাঞ্চাশ্রু গদগদ বৈবর্ণ্য।
উন্মাদ বিষাদ ধৈর্য্য গর্ব্ব হর্ষ দৈন্য॥ ৮৬
এত ভাবে প্রেমা ভক্তগণেরে নাচায়।
কৃষ্ণের আনন্দামৃত সাগরে ভাসায়॥ ৮৭

অর্থ :—

কৃষ্ণ নামগী ফোলদি প্রেম্নি, হাঙ্গৈ শাস্ত্র খিবিক্লা।
প্রেম অদু নরাইবক ফত্না ফংজরে নংনা॥ ৮৩
প্রেমগী স্বভাবত্তি পুক্লিং হকচাং-ভাওহনবনি।
কৃষ্ণচরণ ফংনীংবগী অপাম্বা পোকহনবনি॥ ৮৪
প্রেমগী স্বভাবনা ভক্তনা নোকই-কপই-শকই।
মাইকৈ খুদিং কোইচেন চেল্লী ভাওহনা জগোই শাই॥ ৮৫
হুমাং, নিংপা, তু-চুংবা, পি-তাবা, কুচু ওনবা।
ভাওবা রাবা খাঙবা-কনবা নোল্লকপা হরাওবা॥ ৮৬
মতৌ অসুম্না প্রেম্না ভক্তশিংদা তৌহল্লী।
কৃষ্ণগী নুংঙাইবা অমৃত সাগরদা তাউহল্লী॥ ৮৭

---

## গৌর কৃপা টীকা

৮৩। কৃষ্ণ নামগী ফোলদি (মহৈদি) কৃষ্ণনাম জপ তৌবগী কাম্নবদি। কৃষ্ণনাম শোনবগী ফোলনা (ফল-না - মহৈ-না) প্রেম ফংই, মাদুগী প্রমাণ "এবংব্রতঃ স্বপ্রিয়-নামকীর্ত্ত্যা জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ"—নচিংবা শ্রীভাঃ ১১।২।৭০ শ্লোক্তা।

৮৪। প্রেমগী স্বভাবত্তি—প্রেমগী লমচংত্তি নত্রগা ধর্ম্মদি।

৮৫—৮৭। থমোইদা কৃষ্ণ-প্রেম কাওরক্লবদি করি খুদম কোংদোক্লকপগে হাঙ্গৈবহু উচ্চরি; খুদম পূম্নমক অদুদি মথক্তী পয়ারদা হাঙ্গৈবিবা পুক্লিং-হকচাং-ভাওহনবা হাঙ্গৈবহু মপানগী খুদম কোংদোকপনি।

ভাল হৈল, পাইলে তুমি পরম পুরুষার্থ।
তোমার প্রেমেতে আমি হৈলাম কৃতার্থ। ৮৮
নাচো গাও ভক্তসঙ্গে কর সঙ্কীর্ত্তন।
কৃষ্ণনাম উপদেশি তার, সর্ব্বজন ॥ ৮৯
এত বলি এক শ্লোক শিক্ষাইলা মোরে।
'ভাগবতের সার এই' বোলে বারে বারে ॥ ৯০

অর্থ:—

ফরে, নহাক্না অথোইবা অপান্বা ফংজরে।
নহাক্না প্রেম ফংবসিদা ঐ যাম্না নুঙাইরে ॥ ৮৮
সঙ্কীর্ত্তণ তৌ জগোই শাও ভক্তশিংগা লোইননা।
লালহল্লু- মী পূম্নমক্তা কৃষ্ণনাম পীজুনা ॥ ৮৯
অসি হাঈরগা শ্লোক অমা ঐউো[illegible] তম্বিরে।
'ভাগবতকী মচিনি হাঈ' হন্না হন্না তাকপিরে ॥ ৯০

গৌর রূপ টীকা

শকই—কৃষ্ণশ্রী রূপ-গুণ-লীলানচিংবা ইশৈ শকই। [illegible] শৌব, থক-থক [illegible]কপা, তু-চুংবা, পি তাবা, স্বোব তনিক-তনিকপা [illegible] অসি সাত্ত্বিক [illegible] ভাকনি, ঙাওবা, রাবা, থাঙব, কনবা, না[illegible]ন [illegible], হ[illegible], [illegible]—[illegible] খ্বাইগী চংনবী নিযমদগী মপান থোরকপনি (ব্যভিচারী ভাবন)

মতৌ অস্নম্না মথক্তী [illegible]যবদা হাঈ[illegible] [illegible]মস্ন [illegible]ভিচারী ভাব পুম্ন[illegible]কী [illegible]গুম্না। তৌহল্লী—চংহল্লী, জগোই শাহ[illegible], [illegible]কশিংব লোবহল্লী [illegible] জগোই শাহল্লী, ইশৈ শকহল্লী - পূম্নমক অসি [illegible] তৌব [illegible]।

৮৮। প্রভুগী গুরুদেবনা প্র[illegible]দ হা[illegible] [illegible] নহে[illegible] অথোইবা অপান্বা প্রেম ফংবনি, মাতুগী মগুম্না লোকপ, বম্না [illegible] শৈ শ[illegible]ন, [illegible]ম্না ফবে,—ন[illegible] ফবে, মবমদি নংনা অথো[illegible]বা অপান্বা ফং[illegible]ননা, [illegible]গা [illegible]না প্রেম ফংবা [illegible]সদা ঐস্নু নুংঙাইরে, মবমদি ঐনা ন[illegible]ভান্দা পা[illegible] [illegible]বা [illegible]। গুরুনা শিষ্যগী থমোইদা কৃষ্ণ-প্রেম পোক্নবগীদ[illegible]ক মস্ননচিব [illegible] [illegible]বম [illegible]শিবা। থমোইদা কৃষ্ণ-প্রেম পোকপা উবগা মস্নন চংবা [illegible]গী [illegible] অনন্দুং [illegible] নুংঙাইজে। মরম অদুনা প্রভুদা প্রেম ফাওবা অ[illegible] [illegible]র ॥ ইবু[illegible]ভাগী গুরুদেবনা হাঈথি, "নহাক্না প্রেম ফংবসিদা ঐ যাম্না নুংঙাইরে।" নুং[illegible]রে -মাতুগী মবমদা সিদ্ধ ওইরে।

৮৯—৯০। পীজুনা—পাওতাক পীজুনা। লালহল্লু—অরাবা সংসারদগী কোকহল্লু। পয়ার ৮০—৯০ প্রভুগী গুরুনা হাঈবনি। তম্বিরে—শ্রীগুরুদেবনা তম্বিরে।

## গৌর-কৃপা টীকা

তৌবগী কোলনা মহৈনা থমোইগী অমোংপা পুম্নমক কোক্থিহনা মাগী থমোইদা প্রেম কাওরক্লবা, মহাক অদু জাতানুরাগ নত্রগা জাতপ্রেম ভক্ত কৌই। "নিত্যসিদ্ধ কৃষ্ণপ্রেম সাধ্য কভু নয়। শ্রবণাদি-শুদ্ধ চিত্তে করয়ে উদয়॥ ২। ২২। ৫৭॥" দ্রুতচিত্ত:—প্রেম কাওরক্লবদা প্রেমগী মগুণ্না মহাক্কী থমোই অদু শৌদোরকই (দ্রুত)। প্রেম কাওরক্লবদা শ্রীকৃষ্ণ উজনীংহনা ভক্তগী থমোই অদু য়াম্না কন্না খৌরাংই; য়াম্না কনবা (শাবা) মৈশাদা সনাবু ইলাই-লাইনা শৌদোকপাগুম্না খৌরাংবনা মৈনা চাকপদৌনা চান্নবা থমোই অদুম্নু শৌদোকই। অদুম ওইবা য়াম্না কন্না খৌরাংবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা হিরমদা ভক্ত অদুনা পাম্ন্ববা লৈত্রে; মরম অদুনা মতম অদুদা লোকবাহ্য:—মীবু ইকাইবা লৈত্রে, অচোপ-অরেম ইকাই-ইকিগী জ্ঞান মাঙত্রে; "ঐগী অসুম ওইবা লমচৎ-শাজৎ অসিবু মীনা উরগা করি হাঙ্গীগদগে" অসিনচিংবা বিচার অদু মহাক্কী মপুক্লিংদা লৈত্রে। উন্মাদবৎ—অভাওবগী মতৌগুম্নে। কনাগুম্বা মী অমবু ভাইরুবা লৈতনা অমগা রা ইতান-তান্নদনা) মী অদুনা মপুক্লিংনা নীংবা অহুতা হেক হাঙ্গদোকপা নত্রগা তৌবা অদুগুম্বা মীওং অদুবু খ্বাইনা অভাওবা কৌই। প্রেম কাওরবা ভক্তশিংগী লমচংতি অভাওবগী মতৌগুমই; তৌইগুম্নসুং মহাক্তি থাজৈশেংনা ভাওবদি নত্তে। অভাওবগা প্রেম কংলবা ভক্তগা খেন্নবা হাঙ্গীববু অভাওবনা মাগী মকোক্কী রাখন খোরককম খোপ অদু শোঙ্গবনি; তৌইগুম্নসুং প্রেম লৈবা ভক্তগী খোপ্তি শোঙ্গবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং চপ য়ুংনা লৈখিহনা মায়া সংসারদা থন্নাইনা পামশিল্লদহনা অভাওবা মানবনি। প্রেম লৈবা ভক্তশিংগী থমোইদা ইকাই-ইকিগী রাখন চংদে। অদুনা মপানগী মিৎয়েংদদি হাঙ্গফেং অভাওবা মান্নগা মসুংদদি অভাওবা নত্তে; অভাওবা থাজৈশেংবা নত্তবা অদুনা ভক্তশিংবু অভাওবাগুমই হাঙ্গনৈ (উন্মাদবৎ হাঙ্গনৈ)। প্রেম লৈরবা ভক্তগী থমোইদি অয়াম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ময়ামগী মসুংদা লীলা অমদা পুক্লিং চংহনা লৈ, লীলা অদুগী মতুং ইন্দুনা লৈ। অচম্বা মায়া জগৎ অসিদা লৈরি হাঙ্গনা রাখন তৌদে; মরম অদুনা জগৎকী করিগুম্বা হিরম অমদা ভক্তনা চেকশিল্লববা লৈত্রে। হসতি—শ্রীকৃষ্ণগী নোক্লিংবা লীলা অমা নীংশিংলুরগা হো হো লাউনা নোকখোকই। অভাং শ্রীকৃষ্ণনা মাখন হুরানগে হাঙ্গহনা কনাগুম্বা গোপী অমগী ময়ুমদা চংলম্মী; য়ুমু গোপী হন্নুবী অদুনা খঙলহনা "মাখন হুরানবা কনানো কাও, মাখন হুরানবা কাও" হাঙ্গহনা চেনশিল্লক্লে; হন্নুবী অদুগী খোঙ্গেন অদু তারহনা শ্রীকৃষ্ণনা কিরহনা কেরু-য়েংহনা চেনগদবগী খৌরাং তৌই। প্রেম লৈরবা ভক্তগী থমোইদা লীলা অসি কাওরবদা চেনগদবগী খৌরাং তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ ওইনা উবা কংলবদা মহাক্না নোক্কীবনা খান্না ভমদহনা পংনোক্কা

এই তাঁর বাক্যে আমি দৃঢ়-বিশ্বাস করি।
নিরন্তর কৃষ্ণনাম-সংকীর্ত্তণ করি ॥ ৯১
সেই কৃষ্ণনাম কভু গাওয়ায় নাচায়।
গায় নাচি নাহি আমি আপন ইচ্ছায় ॥ ৯২

অর্থ :—

গুরুগী য়াথং ঐনা য়াম্না থাজব্রহ্না।
কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তণ তৌই অরেপ্পা লৈতনা ॥ ৯১
করিগুম্বদা শকহল্লী কৃষ্ণনাম অহ্না।
জগোইশাবা ইশৈ শকপা - নত্তে ঐগী খুশীনা ॥ ৯২

## গৌর-কৃপা-টীকা

নোকখ্রে। রোদিতি—কপই। মথক্তা হাঈখিবা মাখন হুরানবগী লীলা অহু ফাওরকপদা শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ ফংলম্বনি; উরম্বা অহুদগী উথিদবদা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদ্রে হাঈহ্না য়াম্না রানা "হায়! হায়! কদাইদা চংখ্রবনো? হৌজিক্তা লৈরম্বনি, অহুগা কদায়দা চংখ্রবনো? ঐনা খুৎতা পাঈরম্বা মণি-মুক্তা অহু করম তৌনা খুৎতগী নাম্বোকখ্রিবনো? করম্ব তৌগনি? কদাইদা চৎকনি?"-অসিনচিংবা অসুম অসুম হাঈহ্না মুংশিমৈচা-ক্লা চাতুলা কপ্পকই। রৌতি—লাউই। কৃষ্ণ উদবদা রাখিবনা তপথবা ওমদহ্না "হে প্রভু! নং কদাইদা লৈবগে? অমুক্তা উহনবিয়ু, ঐনা ওাংবা অসিদা অমুক্তা খুৱীয়ু" অসিনচিংবা হাঈহ্না লাউই। গায়তি—ইশৈ শকই; রূপ-গুণ-লীলানচিংবা ইশৈ শকই, শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ (থাজৈশেংনা) উবা ফংহ্না নৃত্যতি-জগোই শাই। শ্রীকৃষ্ণবু থাজৈশেংনা উবা ফংহ্না য়াম্না হরাওনা জগোই শাহ্না লৈ। নীংশিংগদবদি—প্রেম লৈরবা ভক্তশিংনা নোকপা-কপ্পা-জগোই শাবা-ইশৈ শকপনচিংবা অসি মহাক্কী খুশীনা তৌবা নত্তে; ভুত্ত ওক্লরবা মীনা চোইরোন লোনবনচিংবা পুম্নমক মাগী মপুক্লিংনা নীংহ্না মরম্নাইনা তৌরকপা নত্তে, প্রেম ফংলবা ভক্তসু মাগী মরম্নাইনা জগোই শাবা, ইশৈ শকপা নত্তে; মিত্রং হৈবা মীনা লাইফদিবীবু জগোই শাহল্লী, প্রেমসু মতৌ অহুগুম্না ভক্তবু জগোই শাহল্লী। প্রেমসু ফাওরক্লবদি শিংথাবা ওমদনা মুংওাইবা ফোংদোকই, মাহুগী থৌইনশিন কৃপানা ভক্তনা করিগুম্বদা নোকই, করিগুদা কপই, করিগুম্বদসু লাউই।

মথক্কী পয়ার ৮৫ গী প্রমাণ ওইনা শ্লোক অমা থেচ্চরি।

৯১—৯২। গুরুগী য়াথং—পয়ার ৮০—৮৯ দা হাঈরিবা অসি গুরুগী য়াথংনি। য়াম্না থাজব্রহ্না—চিংনবা লৈতনা থাজৈশেংবদি গুরুগী য়াথং অমসুং শাস্ত্রগী বাহৈবু থাজব্রবাদ ঈশ্বর নীংনীংবা পোক্কে।

কৃষ্ণনামে যে আনন্দ-সিন্ধু আস্বাদন।
ব্রহ্মানন্দ তার আগে খাতোদক সম ॥ ৯৩

অর্থ

কৃষ্ণনাম কীর্তনগী নুংঙাইবদি সমুদ্রনি।
ব্রহ্মানীংবগী নুংঙাইবদি যণ খোঙুলগুম্বনি ॥ ৯৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

৯৩। যণ খোঙ্‌ুলগুম্বনি—নাম সঙ্কীর্তন তৌবদা নুংঙাইবা অমুগা ব্রহ্ম নীংবদা নুংঙাইবা অমুগা নুংঙাইবা অনি চাংদম্নবি। নাম সঙ্কীর্তন তৌবদা নুংঙাইবা ফংবা অমুনা মহাসমুদ্রনি হাঙ্গনা নীংই, ব্রহ্ম নীংবদা ফংবা নুংঙাইবা অমুনা যণ খোঙ্‌ুলমুক্তা চাউই হাঙ্গনা পুক্লিংনা নীংই (যণগী মখোংনা নেৎপদা কুত্তুনা লৈবা মফম অমুদা ঈশিং খজিক্তুং তুংমুনা লৈবা অমুগা অমহা ওই ব্রহ্মগী নুংঙাইবনা)। নুংঙাইবা অনি অসি চাং তম্নববদি ব্রহ্মানন্দদি মমিংতা মঙাইরে। পুক্লিংদা নিংশিংবিগনবদি—ব্রহ্মানন্দ অসি মহৌশানা মশানা ইচম-চম্বা পোৎতি নত্তে, মাদুদা ঈহৌরকপগুম্বা অঙকপা শরুক য়াওব্রবসু চাং অমদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবদি লৈ, তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণ-নাম কীর্তন তৌবগী নুংঙাইবগী চাংদি অঙকপা জুযার কাবা (ঈথক হোবা) লৈ অমসুং রস অমু চুম্নদা অঙকপা ফংনা হাউবা মহাও লৈ, অমুনা অনি অসি চাং তম্নবদা ব্রহ্মানন্দদগী কৃষ্ণ নাম কীর্তন্না কোটি কোটি গুণ হেল্লী। মাসি পয়ার অসিগী মমুংগী অর্থনি। থাঙ্গৈশেংবমক, সংসারগী বিষয়দা লুপ্তুনা লৈরিবা সাধারণ জীব-দি সঙ্কীর্তন নুংঙাইবগী মরিক অমা ফাওবা খঙবা ঙমদে। হাঙ্গিবিবা নুংঙাইবা অসি প্রেম পোক্লবা ভক্ততনা ফংগদবা মরম ওই। মায়া সংসারদা লুপ্তুনা মোংলবা থমোই অমুনা কৃষ্ণ-নাম সঙ্কীর্তনগী নুংঙাইবা মশক খঙবা ঙমদে, ব্রহ্মানন্দসু মশক খঙবা ঙমদে। মরমদি, হ্লাদিনীনা অথোইবা ওইনা লৈবা শুদ্ধ সত্ত্ব অমু-া মী অমুগী থমোইদা ঙানবিব্রবদি ভগবানগী নুংঙাইবা মশক খংবা ঙমদে, অমোৎপা থমোইদসু শুদ্ধ সত্ত্ব (অ-শংবা অফবা) না চংবিদে।

পয়াব অসিগী প্রমাণ ওইনবগীদমক মখাদা শ্লোক অমত উচ্চরি।

পযার ৬৫- ৬৮ দা প্রকাশানন্দ-সরস্বতীনা প্রভুদা হাঙ্গখিবা অমু খাইদোক্তুনা যেংলবদি মাহং মঙা ফংই :—(১) নংনা ঐখোঙ্গী নাক্তা লাক্ত্রিবা করিগীনো? (২) সঙ্কীর্তন তৌদুনা জগোই শাগ্রিবা করিগীনো? (৩) বেদান্ত পাক্ত্রিবা করিগীনো? (৪) ধ্যান তৌক্ত্রিবা করিগীনো? (৫) ভাবকা লোঙ্গনা ভাবকী থবক মশিন ওইবা অতোনবা লমচৎ চংপা করিগীনো?

তথাহি হরি ভক্তিসুধোদয়ে ( ১৪। ৩৬ )—
ত্বৎসাক্ষাৎকরণাহ্লাদ—বিশুদ্ধাব্ধিস্থিতস্য মে।
সুখানি গোষ্পদায়ন্তে ব্রাহ্মাণ্যপি জগদ্‌গুরো ॥ ৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

পয়ার ৬৯—৯৩ দা প্রভুনা মাহং পুম্নমক অত্থুগী ইঙ্গিং তৌহুনা খুম্মী ; পাওখুমশিং অত্থুগী মচংদি অসিনি : — ( ১ ) নখোঙ্গীদি পণ্ডিতনি ; ঐদি মুর্খনি ; মরম অত্থুনা নখোঙ্গী ননাক্তা চংলক্তবনি, নখোঙ্গগা সঙ্গ তৌদবনি—ঐ অসি মতিক চাদে হাঙ্গীহুনা। ( মন্নুংগী ঈচেন্দি অসিনি পণ্ডিত নচিংবা ওইবে হাঙ্গীহুনা নাপন তৌবদি লাপ্পা থমখিসি, নাপন তৌনা অত্থবু যানী লিবা মখোঙ্গ অত্থুগা সঙ্গ ( তিন্নবা ) তৌবসু ভক্তি মার্গগী য়েরুবা ওই—হাঙ্গীবা মা অসি প্রভুনা খণ্ডহনবনি )। ( ২ ) কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবগী ময়াইনা ( মগুন্না ) থমোইদা প্রেম পোকই, প্রেম অত্থুনা ঐবু নোকহল্লী, জগোই শাহল্লী, ইশৈ শকহল্লী—ঐনা ঐগী খুশীনা নোকপা কপ্পা নত্তে। ( ৩ ) ঐদি মুর্খনি, বেদান্ত পাবদা ঐগী চান্দা কান্নবা লৈতে ; মরম অত্থুনা ঐনা বেদান্ত পাদে। কৃষ্ণনাম-তনা শাস্ত্র (লাইরিক) পুম্নমক্কী বেদান্তগা মচিনি, মমা অসিনা কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌববদি তোঙান্না অমুক বেদান্ত পাকপগী কান্নবা লৈত্রে—মাসিদা মন্নুংগী ইঙ্গিং তৌহুনা খণ্ডহনবা অর্থনি )। ( ৪ ) ঐনা লাচ্চবিবা খুরুমজবিবা অত্থুগী মশক পুক্কিংদা মাখন তৌবা অত্থবু ধ্যান কৌই, মরম অত্থুনা ধ্যান তৌবা তাবদি পুক্কিং যাম্না ওপহগদবনি ; তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণ নাম অসুম অসুম কীর্ত্তন তৌবদা ঐগী পুক্কিং অসি ওন্ন-তৈনরক্রে ( ভ্রান্ত ওইবক্রে ), তপথনা লৈবা ওম্নক্রে, ধ্যান অসি কুপশিনখ্রে, ঐ "ডাওবে।" অত্থুনা ঐ ধ্যান তৌবা ঙমদে। ( কৃষ্ণ নাম কীর্ত্তন তৌবগী ফোলনা ( মহৈ-না ) প্রেম পোকই, প্রেম অত্থুনা ভক্তগী পুক্কিংবু শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, গুণ, লীলানচিংবদা তশেংনা লুপহন্দুনা থম্মী ; মাসিদি ধ্যান তৌবগী খমথেংনা মাংবা অবোইবা থাক অত্থুনি।—মা অসি প্রভুগী মাহৈগী মন্নুংগী ঈচেন্নি। ( ৫ ) ননা ভাবক হাঙ্গীবিবা মখোঙ্গ অত্থু, ঐগী গুরুদেবনদি মখোঙ্গ অত্থবু ভক্ত হাঙ্গীনা কৌই. হাঙ্গীনা তাকপী, গুরুগী যাথং মতুংইন্না ঐনা মখোঙ্গগা লোঙ্গননা জগোই শাই, কীর্ত্তন্নচিংনা তৌই. মাত্থগী মহৈ-না ( ফল-না ) ঐগী ইশা অসিগী মপুদি, ঐনি হাঙ্গীনা খনখিত্রে, ভক্তশিংগা নাম-কীর্ত্তন তৌবগী মগুন্না ঐ অসি গ্রহ-না উন্নবগী মতৌগুম্না জগোই শাবা-ইশৈ শকপ-নচিংবা "অত্তোনবা লমচং" চত্থুনা লৈবিবনি—মতৌ অসি ঐগী খুশীনা তৌবা নত্তে। ( প্রকাশানন্দগী মতৌগুম্বা নাপন চাওবা জ্ঞান মার্গ চংপা সাধক-শিংনা প্রেমিক ভক্তগী লমচংপু অত্তোনবা লমচং চংপা ভাবুকনি হাঙ্গীনা নীংই ; থাজৈশেংবদি,

## গৌর-কৃপা-টীকা

মাদু অতোনবা লমচৎ নত্তে—স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা প্রেমগী মখা পোল্লী, অদুম ওইবা প্রেম অদুগী কৃপানা ভক্তশিংনা মতৌ অদুম্না তৌরিবনি। মথোঈগী লমচৎ অসি কৃষ্ণ-প্রেমগী মপাঙ্গবা মওংনি—কৃষ্ণ-প্রেমদগী ফংবা নুংঙাইবা অদুগা জ্ঞানমার্গ চৎপশিংগী পম্মুংকম ওইবা ব্রহ্মানন্দগা চাং তম্নবদা, সমুদ্রগা যণ খোজুলগা চাংতম্নবদা যণ খোজুলনা পিকপ দৌনা ব্রহ্মানন্দদি ইচম চমথ্রে। অদুনা ভক্তশিংগী লমচত্তি অতোনবা লমচৎ নত্তে (অচম্বা নত্তে)—মাসি প্রভুনা খুম্নিবা রা অদুগী মরূ ওইবা রানি)। মতাংশুবা রাহং অসি থাজৈশংবা ভোঙানবা রাহং নত্তে; অহানবা রাহংদগী মরিশুবা ফাওবগী লমচৎপু প্রকাশানন্দনা অতোনবনি হাঈবনি অমসুং প্রভুগী পাওখুমদা পুম্নমক অতোনবা লমচৎ অমতা নত্তে—অকবা লমচৎ ওাক্তনি হাঈবনি।

শ্লো। ৫। অন্বয়। হে জগদগুরো (হে জগদগুরো ভগবন)! ত্বৎসাক্ষাৎকরণাহ্লাদ-বিশুদ্ধাব্ধিস্থিতস্য (ইবুংঙো নং উনজবদা অশেংবা নুংঙাইবগী সমুদ্রদা লৈরে) মে (ঐঙোন্দদি) ব্রাহ্মানি (ব্রহ্মগা মরী লৈনবা নুংঙাইবা পুম্নমক) অপি (অমসুং) গোষ্পদায়ন্তে (যণ-খোজুলগুম্বনি হাঈনা নীংই)।

অনুবাদ। গ্রন্থ-না শ্রীভগবান্দা হাঈথি "হে জগদগুরো! ইবুংঙো নহাক উবা ফংজবগা অরেপ্পা অশেংবা নুংঙাইবগী সমুদ্রদা ননাই ঐহাক লৈজরে, অসুম ওইবা নুংঙাইবা অসিগা মওং লৈতবা-ব্রহ্ম নীংবদা ফংবা নুংঙাইবগা চাংদম্নরবদি ঐঙোন্দদি ব্রহ্মানন্দদি যণ-খোজুলগুম্বনি খজিক্তনি হাঈনা খনখরে। ৫।"

ভগবৎ-উবা ফংজবদা পোকপা নুংঙাইবা-সমুদ্রবু বিশুদ্ধাব্ধি—অশেংবা সমুদ্র হাঈরে, অশেংবা রাহৈগী অর্থ মরূ ওইবদি অসিনি, ভগবৎ উবা ফংজবগী নুংঙাইবা অদু মায়া জগৎকী অচম্বা নুংঙাইবগুম্বা নত্তে—মাদু অরেপ্পনি, চিন্ময়নি—হ্লাদিনীনা ওনবনি। ব্রহ্মাণি-ব্রহ্মানন্দ পুম্নমক; মওং লৈতবা ব্রহ্ম মশক খঙবদগী ফংবা নুংঙাইবা অদুবু ব্রহ্মানন্দ কৌই। অদুগা ভগবৎ-উবা ফংজবগী নুংঙাইবা অদুবু পরব্রহ্মানন্দ কৌই।

কৃষ্ণ প্রেমানন্দগা চাংতম্নবদা ব্রহ্মানন্দদি য়াম্না পিকথ্রে হাঈবা অদুগী প্রমাণ্ডি শ্লোক অসিনি। হরি ভক্তি সুধোদয়গী শ্লোক অসি ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুগী পূর্ব বিভাগতা ১ ম লহরীদা শ্লোক ২৬ তা থাজংলে।

প্রভুর মিষ্টবাক্য শুনি সন্ন্যাসীর গণ।
চিত্ত ফিরি গেল, কহে মধুর বচন॥ ৯৪
যে কিছু কহিলে তুমি, সব সত্য হয়।
কৃষ্ণপ্রেম সেই পায়, যার ভাগ্যোদয়॥ ৯৫
কৃষ্ণভক্তি কর, ইহায় সভার সন্তোষ।
বেদান্ত না শুন কেনে, তার কিবা দোষ॥ ৯৬
এত শুনি হাসি প্রভু বলিলা বচন।
দুঃখ না মানহ যদি, করি নিবেদন॥ ৯৭
ইহা শুনি বোলে সর্ব্ব সন্ন্যাসীর গণ।
তোমারে দেখিয়ে যৈছে সাক্ষাৎ নারায়ণ॥ ৯৮

অর্থ :—

প্রভুগী ৱাহৈ তাৱগা লম্বোইবা ময়াম্না।
পুক্নিং হোংলদুনা হাঈজরে অথুম্বা ৱাহৈনা॥ ৯৪
তাকপিবিবা খবা অদু অচুম্বা ওাক্তনি।
শ্রীকৃষ্ণপ্রেম ফংজবদি মৱাঈবক ফবনি॥ ৯৫
কৃষ্ণ ভক্তি তৌরিবদু ঐখোয়না পেক্তবে।
বেদান্ত তাম্রিবা করিগীনো করি দোষ লৈবে॥ ৯৬
ৱা’সি তাবদা প্রভুনা হাঈরকই নোক্তুনা।
ৱাথৌৱিবোই হাঈরবদি হুঙ্গচ্চগে ঐনা॥ ৯৭
মাহু তাবদা লম্বোইবা ময়াম্না হাঈরকই।
নংবু উবদা নারায়ণ সাক্ষাৎনি নীংই॥ ৯৮

## গৌর-কৃপা-টীকা

৯৪-৯৬। প্রভুগী ৱা তাবদা লম্বোইবশিংগী পুক্নিং হোংলে, শ্রীকৃষ্ণনাম-কীর্ত্তন তৌবা য়ানীংলমদবা অদু য়াবক্রে। মথোঙ্গনা হাঈ-"কৃষ্ণপ্রেম ফংবদি লাইবক ফবগী ৱা-নি, নংনা কৃষ্ণ ভক্তি তৌরিবা অদু কবিস্থু দোষ লৈতে; অহোইনতুম হেন্না ফব ন। মুখনি হাঈদুনা বেদান্ত পাম্রিবা অতুস্থু থাজরে; তৌইগুম্বস্থুং পাবা থোক্তবস্থ ঐখোয়গী নাক্তা বেদান্ত তাবদি য়াইদনা? মাহু তাম্রিবা করিগীনো? বেদান্ত তাৱগা করি দোষ লৈবগে?

৯৭। ৱাথৌবিরোই হাঈরবদি—শাওদ্বিরোই হাঈরবদি/লম্বোইবশিংনা বেদান্তগী অর্থ লৌরিবদু মরানরা অর্থনি হাঈবা প্রভুনা কো'দোক্লীংলে, মথাঈব শাওরোই হাঈরবদি।

তোমারে বচন শুনি জুড়ায় শ্রবণ।
তোমার মাধুরী দেখি জুড়ায় নয়ন।। ৯৯
তোমার প্রভাবে সভার আনন্দিত মন।
কভু অসঙ্গত নহে তোমার বচন।। ১০০
প্রভু কহে-বেদান্তসূত্র ঈশ্বর বচন।
ব্যাসরূপে কহিল যাহা শ্রীনারায়ণ।। ১০১

অর্থ :—

নহাক্কী যাথং তারগা নাকোং অসি পেল্লী।
নহাক্কী ফজবা মাইথোং উবদা মিং পেল্লী।। ৯৯
নংগী নগুম্না ঐথোঙ্গ মযামগী পুক্লিং মুংঙাই।
নহাক্না হাঙ্গবা ৱাহৈদা অবানবা ওইবোই।। ১০০
প্রভুনা হাঙ্গ—বেদান্তদি ঈশ্বরগী যাথংনি।
শ্রীনারায়ণা ব্যাস ওইনা সাৎল্লগা লেংবনি। ১০১

## গৌর-কৃপা-টীকা

৯৮—১০০। প্রভুগী ৱা তাবগা লম্বোইবশিং অতুনা হাঙ্গবকই—“ন'বু উবদা সাক্ষাৎ নারায়ণনি হাঙ্গনা নীংই, নংগী অথুম্বা নৱাক্তে তারগা নাকোং পেল্লী, নংগী মাইথোং উবগা মিং পেল্লী; নংগী নঙ্গম্না ঐথোয পুম্নমক্কী থমোই নুংঙাই, নংনা হাঙ্গরকপা ৱাহৈদা কৈদৌঙেদম্ব অৱানবা ওইবোই, মবম অতুনা ন'না ঙাংথোবকপা ৱাবু ঐথোযনা কৱিগী শাউরুগদগে? হাঙ্গনীংবা ৱা অতু চিংনবা লৈতনা হাঙ্গবিযু।”

১০১। প্রভুনা হাঙ্গরকই—“বেদান্ত-সূত্রদি ঈশ্বরনা হাঙ্গবা ৱা ঙাক্তনি, শ্রীনারায়ণা বেদব্যাস ওইনা সাইওন্নগা পুম্নমক্কু ফোংদোক্লম্বনি।” প্রভুনা হাঙ্গবিবা অসিগী মওংগী ঈচেন্দি অসিনি, ঈশ্বরগী য়াথং ওইবনা বেদান্ত সূত্র পাবদা অমত্তং তাবদা করিস্ত দোষ লৈতে।

শ্রীভগবান্না পরাশরদগী সত্যবতীদা ব্যাস ওইনা অবতার তৌই (শ্রীভা, ১১।১৬।২৮॥” শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গরম্মী—“দ্বৈপায়নোঽস্মি ব্যাসানাম—ব্যাসশিংগী মরুংদা দ্বৈপায়ন হাঙ্গবহু ঐনি। শ্রীভা, ১১।১৬।২৮॥” বিষ্ণুপুরাণা হাঙ্গরি—“কৃষ্ণদ্বৈপায়নং ব্যাসং বিদ্ধি নারায়ণং স্বয়ম—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসপু স্বয়ং নারায়ণনি হাঙ্গনা খঙনগনি। ৩।৪।৫।”

ভ্রম প্রমাদ বিপ্রলিপ্সা করণাপাটব।
ঈশ্বরের বাক্যে নাহি দোষ এই সব।। ১০২
উপনিষৎ সহিত সূত্র কহে যেই তত্ত্ব।
মুখ্যবৃত্তি সেই অর্থ-পরম-মহত্ত্ব।। ১০৩

অর্থঃ—

অবানবা চেকশিন্দবা মীনম্নীংবা অশোঙ্গবা।
ঈশ্বরগী ৱাহৈদা লৈতে দোষ ময়ামসিনচিংবা।। ১০২
উপনিষৎকা লোঙ্গনবা সূত্র'তু তত্ত্বনি।
তত্ত্বগী অর্থ অদু মরূনি অথোইবনি।। ১০৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

শাস্ত্রগী পমাণ পুম্নমক অসিনা পাঙ্গল ওইহনা হাঙ্গৈবিবনি—"শ্রীনারায়ণা বাস ওইহনা হাঙ্গৈবিবনি।" বেদব্যাস কৃষ্ণ দ্বৈপায়না বেদান্ত-সূত্র লেংবনি। বেদান্ত-সূত্রদা সূত্র ৫৫৫ থক লে, মাহুবু ব্রহ্মসূত্র অমদি শরীবক সূত্রসু কৌই।

১০২। অবানবা চেকশিন্দবনচিংবগী অর্থ অসি পয়ার ১।২।৭২ গী টীকাদা যেংবিয়ু। ঈশ্বরগা ৱাহৈদানচিংবা—১।২।৭২ টীকাদা য়েংবিয়ু। ঈশ্বরগী ৱাহৈনি হাঙ্গৈহনা বেদান্ত সূত্রদা অবানবা চেকাশন্দবনচিংবা-দোষশিং অসি লৈবা ৱাদে।

১০৩। উপনিষৎ—বেদগী জ্ঞানগী মশক ওইবা লাইরিকশিং অদুবু উপনিষৎ কৌই। ঈশ, কেন, কঠ, মণ্ডুক কৌবা অসিনচিংবা উপনিষৎ যাম্না লৈ। উপনিষৎ পুম্নমক্তা ব্রহ্মগী তত্ত্বনা অথোইবা ওইনা লেপ্তুনা লৈ। উপনিষৎকা লোঙ্গনবা—উপনিষৎকী প্রমাণ যাববা। সূত্র—মরূ ওইবা অর্থ ওইবা, মৱেক খজিক্তনা ফোংদোকপা ৱাহৈ অদুবু সূত্র কৌই। সূত্র হাঙ্গৈবসি যাম্না চেনথ্রবা ৱাহৈ অমনি, তৌইগুম্বসুং অতেনবা ৱাহৈ অদুগী মনুংদা অরুবা অর্থ ফুমহুনা লৈ। ব্যাসদেবনা লেংবা বেদান্ত-সূত্র কৌবা লাইবিক অদু সূত্র ৫৫৫ না পুনশিনবা লাইরিক অমনি। পয়ার অসিদা য়াওরিবা সূত্র ৱাহৈ অসিনা "অথাতোব্রহ্মজিজ্ঞাসা" অসিনচিংবা বেদান্তগী সূত্রসু খণ্ডনৈ।

উপনিষৎকী প্রমাণ উতুনা মরূ ওইবা অর্থ অতুনা বেদান্ত-সূত্রগী অর্থ তৌবা যারবদি মাহু অচুম্বা অর্থনি,। মতৌ অসুম তৌহুনা অর্থ তৌবদা বেদান্ত-সূত্রদগী ফংবা তত্ত্ব অদু মাতুমক থাঙ্গেশেংবা তত্ত্বনি। প্রভুগী অপাম্বদি অসিনি, মরূ ওইবা অর্থ শুহু লৌখৎতুনা বেদান্ত-সূত্র পাবদা অমসুং ভাবদা করিসু দোষ লৈতে।

গৌণবৃত্ত্যে যেবা ভাষ্য করিল আচার্য্য।
তাহার শ্রবণে নাশ হয় সর্ব্ব কার্য্য॥ ১০৪

অর্থ :—

শঙ্করাচার্য্যনা ইরম্মী মশানগী মওংদা।
থবক পূম্নমক মাঙই মাথু তারুবদা॥ ১০৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০৪। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা বেদান্ত-সূত্রগী ভাষ্য লাইবিক অমা ইরম্মী, মাহুবু মায়াবাদী ভাষ্য কৌই। লাইবিক অদুবু তাকরবদি ভক্তিগী থবক পূম্নমক মাঙই। শঙ্করাচার্য্যনা জীবগা-ব্রহ্মগা খেন্নদে হাঙ্গৈরম্মী, জীবগা-ব্রহ্মগা খেন্নব্রবদি ঈশ্বর অমসুং জীব অনিগী মরক্তা মপু-মনাই ওইবগী ভাব থম্বা য়াদ্রে; সেবা লৌবিরিবা মপু—সেবা তৌজরিবা মনাঙ্গ অসুম হাঙ্গৈনা অনি থোবপা অসি ভক্তি—মার্গগী থরাইনি। অদুনা শঙ্করাচার্য্যনা ইরম্বা লাইরিক অদু ভক্তিগী লম্বেন্দা যেরুবা ওই। মায়াবাদী-শিংনা তত্ত্বমসি রাহৈগী অর্থ তৌবদা অসুম হাঙ্গৈনা তৌই, অদুদি, তত্ত্বমসি—তৎ (ব্রহ্ম অদু) ত্বম (নংনা) অসি (ওই)। তৎ-রাহৈনা পূম্নমকপু খঙবনচিংবা গুণ লৈবা চৈতন্যবু (ব্রহ্মবু) খঙনৈ; ত্বম—রাহৈনা খরদংদা খঙবা চৈতন্যবু (জীববু) খঙনৈ। অনিমক চৈতন্যগী মশক ওাক্রনি খেন্নদেদি হায়ববু ব্রহ্মনা পূম্নমকপু খঙবনি অমসুং জীবনা খজিক্তংদা (খরদংদা) খঙবনি, পূম্নমকপু খঙবা নত্তে, মরম অদুনা অনি অসি খেন্নদে হাঙ্গৈনা লৌবা যাদে। তৎ অমসুং ত্বম রাহৈ অনি অসি মরুগী অর্থদা খেন্নৈ; মরম অসিনা অমনা (ব্রহ্মনা) পূম্নমক খঙবনি অমসুং অতোপ্পা অমনা (জীব-না) খজিক্তংদা (খরদংদা) খঙবনি, অদুনা অনি অসি যাম্না খেন্নৈ। মায়াবাদীশিংনা মসুংগী মরু ওইবা অর্থ অদু উদহুনা মশানগী অর্থ অদুতা লৌদুনা তত্ত্বমসি-রাহৈগী অর্থদা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হাঙ্গৈনা লৌরিবনি।

প্রকাশানন্দ-সরস্বতীনচিংবা মায়াবাদী লম্বোইবা পূম্নমক শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য লাইরিক মতুং-ইন্না চৎলি, মখোয়গী মফমদগী বেদান্ত তাবা তারবদি শঙ্করাচার্য্যগী লাইরিক তাবা তারে, তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা লাইরিক অদুদি ভক্তিগী য়েরুবনি হাঙ্গৈদুনা প্রভুনা মাহু তাখিদে, মায়াবাদীশিংনা লৌম্নিবা অথ অসি চুমদে হাঙ্গৈবদু প্রভুনা থঙহনখি।

তাঁহার নাহিক দোষ, ঈশ্বর আজ্ঞা পাঞা।
গৌণার্থ করিল মুখ্য-অর্থ আচ্ছাদিয়া।। ১০৫

অর্থ :—

আচার্য্যগী দোষ লৈতে ঈশ্বরগী য়াথং ওইবনা।
মপানগী অর্থ তৌরে মমুংগী কুপশিন্দুনা।। ১০৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০৫। রাহং অমা ওইনা হংবিবা য়াই, শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যদি সাক্ষাৎ মহাদেবনি— "শঙ্করঃ শঙ্করঃ সাক্ষাৎ।" পদ্মপুরাণ-উত্তরখণ্ডদসু খণ্ডবা ওন্মী, মহাদেবনা পার্ব্বতীদা হায়খি —"দেবী! কলিকালদা (কলি যুগকী মতমদা) ব্রাহ্মণ (শঙ্করাচার্য্য) মূর্ত্তি লৌহুনা (ওইহুনা) ঐনা মায়াগী মশক ওইবা ফত্রবা লাইরিক লেংই। মায়াবাদমসচ্ছাস্ত্রং প্রচ্ছন্নং তৌদ্ধমুচ্যতে। ময়ৈব বিহিতং দেবী কলৌ ব্রাহ্মণ-মূর্ত্তিনা।। ২৫। ৭।।" অমুগা শ্রীমদ্ভাগবত-তগীসু খণ্ডবা ওন্মী, মহাদেবদি বৈষ্ণবশিংগী মমুদা অথাইবনি। "বৈষ্ণবানাং যথা শম্ভুঃ ।১২।১৩।১৬।।" বৈষ্ণব অথোইবা ওইবা মহাদেবনা অবতার তৌবা (সাইওনবা) শঙ্করাচার্য্য না করি মরমগী ভক্তিগী য়েক্নবা ওইবা লাইরিক লেংলিবনো? রাহং অসিগী পাওখুমদি অসিনি—"আচার্য্যগী দোষ লৈতে" অসিনচিংবা ঈশ্বরগী য়াথংগী মতুংইন্দুনা মহাত্মা সূত্রগী মমুংগী ওইবা অর্থ অদু কুপশিন্দুনা মপানগী অর্থ ওইনা ব্যাখ্যা তৌরে। আচার্য্যগী—শঙ্করাচার্য্যগী। ঈশ্বরগী য়াথং- মী পূম্নমক্না ঈশ্বরদা মাইওক্তিনবদি শেম্বগী (সৃষ্টিগী) থবক্তি অসুম অসুম ময়েং তারক্কনি; মরম অদুনা শেম্বগী (সৃষ্টিগী) থবক অসি চাওখৎননবগী মরমদা শ্রীভগবান্না মহা-দেবদা য়াথং পীখি—স্বাগমৈঃ কল্পিতৈস্ত্বঞ্চ জনান মদবিমুখান কুরু। মাঞ্চ গোপয় যেন স্যাৎ সৃষ্টিরেষোত্তরোত্তরা।।—নংনা লেংবা আগম শাস্ত্রনা মী পূম্নমকপু ঐঙোন্দগী মমাই ওন্থোক-হল্লু; ঐবুসু লোম্না (থুপ্না) থম্মু সৃষ্টিগী (শেম্বগী) থবক অসি মথং মথং হেনগৎনবগী দমক, সৃষ্টি হেনগৎকদবগী মরমদি কর্ম্মফল চাননবনি। পদ্মপুরাণ, উত্তর খণ্ড ।।৬২।৩১।।" অসুম হাঙনা ঈশ্বরগী য়াথং অসি লৈবা মরম্না মহাদেবনা শঙ্করাচায্য ওইনা সাইওন্দুনা মায়াগী লাইরিক (মায়াবাদ ভাষ্য) লেংহুনা ঈশ্বরগী থাঙ্গৈশেংবা তত্ত্ববু লোংসিনখরে।

[ঈশ্বরগী য়াথংগী মরমদা রা অমতং থন্নফম থোকই। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অতোম্না মফম অমদা হাঙরি—"মী লানবিবা হাঙবসি ঈশ্বরগী স্বভাবনি।। ৩। ২। ৫।।" ভগবান্দি য়াম্না থৌজাল লৈ; মরম অদুনা সংসারগী মৈচাক্না চাক্লবা জীব খিবিকী অন্নাবা

ব্রহ্ম-শব্দে মুখ্য-অর্থে কহে ভগবান।
চিদৈশ্বর্য্য-পরিপূর্ণ—অনূর্দ্ধ—সমান ॥ ১০৬

অর্থ :—

ব্রহ্ম শব্দগী অর্থ মরূদি—ভগবান্নি।
চিদৈশ্বর্য্যনি মাগা মান্নবা লৈতবনি॥ ১০৬

## গৌর-কৃপা টীকা

কোকহনগে হাঙৈবগীদমক মতম লৈবা খিবিক্তা অরাবা রাখন খন্দুনা লৈ, মীবু লান-বিনবগীদমক মহাক্লা খন্দুনা লৈবা অসি মহাক্কী মহোশাগী লমচৎনি, মরম অতুনা মাবু য়াম্না খোজাল হৈ হাঙৈনরিবনি। থাঙ্গৈশেংবমক, কৃষ্ণ নীংদবা জীবশিংবু নীংননবগীদমক মহাক্লা রাখন থনবদা নুংবংনৈ, অতুগা জীবশিংদি ঈশ্বর নৌংজবা ওন্নবগা মরমদা অতুক য়াম্না পুক্লিং রাদে, য়াম্না খোজাল হৈরবা ভগবান্না জীবগীদমক রাবিবদি মতম লৈবা খিবিক্তা প্রমাণ উবা ফংই। মায়ানা পুন্নবা জীবগী থমোইদা কৃষ্ণবু নাংশিংবা ওমদে হাঙৈতুনা কৃপা তৌবিতুনা ইবুঙো মহাক্লা বেদ পুরাণ-নচিংবা শাস্ত্র যাম্না ফোংদোকই। শাস্ত্রনচিংবা অতু নৈনবগা জীব-না ভগবানলোমদা মমাই ওস্নিল্লরুবগীদমক। "মাযাদা লৈবা জীবদি কৃষ্ণনীংনৌংদবনি। জীবদা কৃপাগীদমক বেদ-পুরাণ লেংবনি। ২।২০।১০৭॥" ভগবান মশামক্লা ভক্তভাব লৌতুনা মশামক্লা ঈশ্বর নীংবগী নীংবগী নিযম অতু চপ চানা চৎতুনা (ভজন তৌতুনা) জীব-বু ভজন তম্বি (লাইনীংবগী পথাপ তাকপি)। জীববু লানবিনবগীদমক অমুক যাম্না রানা হোৎনরগা—মহাক্লা করিগীদমক জীববু মাঙোন্দগী মাঙৈ ওস্থোকখিনবগী (লাপথোকখিনবগী) দমক মতা দবদা যাথং পীরিবনো? পাওখুম—মী অতুগা থমোইদা ভুক্তি-মুক্তিবু পাম্নিবা মখৈদি ইবুংঙো মহাকপু ফবা ওমদে। ভুক্তি-মুক্তি-পাম্বা অতু কোরুব্রা কোক্ত্রিব্রা হাঙৈবা পরীক্ষা তৌননবগীদমক ইবুংঙো মহাক্লা সাধকী মফমদা অযাম্বা মতমদা পাম্ফম থোকপা পোৎসু থুংহল্লী অমসুং ইংবুঙো মহাকপু ফংননবগীদমক সাধকী থমোইদা কয়া যাম্না খোরাংলবগে হাঙৈবা অতু পরীক্ষা তৌননবগীদমক অয়াম্বা মতমদা মশানস্ত্র লোৎতুনা লৈ। ভক্ত অতুনা মনাক্তা লৈরিবা পাম্ফম থোকপা পোৎশিং অতু পামদতুনা, শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংনবগী মরমনা চাবা-থকপা তুম্বনচিংবা চংদতুনা ইবুংঙো মাবুতা খোরাংতুনা লৈরবদি লোৎতুনা লৈরিবা ভগবান অতু ভক্তিগী পাঙ্গল্লা মপান্দা পুথোকপা ঙমী; অতুম তৌরবদি ভক্ত-অতু পরীক্ষ ওম্বা কোরে, ভগবান্না মাগী মফমদগী লৌথোকপা ঙমদ্রে। অতুনা থাঙ্গৈশেংবমক ভক্তবু পরীক্ষা তৌগে হাঙৈবগীদমক য়াম্না খোজাল হৈরবা শ্রীভগবান্না মশাবু লোৎপা যাননবগীদমক ভক্তিগী এরুবা ওইবা শাস্ত্রবু শন্দোকউ হাঙৈনা মহাদেবদা য়াথং পীখি।]

১০৬। ব্রহ্ম—বৃন্‌হ + মন্ (কর্তৃবাচ্যে), বৃন্‌হ—ধাতুদা কর্তৃবাচ্যদা মন্-প্রত্যয তৌরগা ব্রহ্ম শব্দ থোকই। বৃন্‌হ—ধাতুগী অর্থদি অচৌবা। মন্ন ওইবা অর্থদি—

## গৌর-কৃপা টীকা

বৃংহতি, বৃংহয়তিচ, মহাক ব্রহ্মনি। অতুনা ব্রহ্ম শব্দগী অর্থ অনি ফংলে। মাতুদি—মহাক মশাস্থু য়াম্না চাউবা ওস্বা অমস্থুং অতোপ্পবুস্থু চাউহনবা ওস্বা অত্থু ব্রহ্মনি। শক্তি অমা লৈতনদি অতোপ্পবু চাউহনবা ওস্বা হৌনদে, অতোপ্পবু চাউহনবা ওস্বা অসিনদি ব্রহ্মগী শক্তি লৈবা তাই। শ্রুতিনস্থু শক্তি লৈ হাঈরি। শ্রীমন মহাপ্রভুনস্থ হাঈরম্মী—"ব্রহ্ম শব্দগী অর্থদি—খ্বাইদগী হেন্না চাউবা তত্ত্ববু খঙনৈ। ২।২৪।৫৩॥" হিরম খুদিংমক্তা ব্রহ্মগা মান্নবা লৈতে, মাঙোন্নগী অহেনবস্থু লৈতে। "ন তৎ সমশ্চাভ্যাধিকশ্চ দৃশ্যতে। শ্বেতাশ্বতর। ৬। ৮॥"

মতৌ অস্থুম্না ব্রহ্ম শব্দনা খঙনবা মরূ ওইবা অর্থ অত্থু শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনস্থু য়ারম্মী। "অস্তি তাবন্নিত্যশুদ্ধবুদ্ধমুক্ত স্বভাব সর্ব্বজ্ঞং সর্ব্বশক্তিসমন্বিতং ব্রহ্ম। ব্রহ্ম-শব্দস্য হি ব্যুৎপদ্যমানস্য নিত্যশুদ্ধত্বাদয়োঽর্থাঃ প্রতীয়ন্তে বৃহতের্ধাতোরর্থানুগমাৎ সর্ব্বস্যাত্ম ত্বাচ্চ ব্রহ্মাস্তিত্ব প্রসিদ্ধিঃ। ব্র.সূ, ১।১।১ সূত্রশ্রী শঙ্করভাষ্য।" মফম অসিদা আচার্য্যপাদনা য়াবি—বৃংহ-ধাতুদগী থোকপা ব্রহ্ম শব্দগী অর্থনা খঙনবিহদি ব্রহ্মদি নিত্যশুদ্ধবুদ্ধমুক্ত স্বভাবনি, পূম্নমক খঙবনি অমস্থুং শক্তি পূম্নমক লৈবনি। শ্রুতিনস্থু মাত্থু হাঈরি—"য সর্ব্বজ্ঞ সর্ব্ববিদযস্যৈব মহিমা ভুবি দিবে ব্রহ্ম পুরে হ্যেষ বোম্যাত্মা প্রতিষ্ঠিতঃ। মুণ্ডক। ২। ৭॥" ব্রহ্মনা পূম্নমকপু খঙবা অমস্থুং শক্তি পূম্নমক লৈ হাঈবা য়াবা মবন্না মহাক্কী শক্তিনবা থোইদোকপা মওং অমা লৈ হাঈবা অমস্থুং ভগাবান্নি হাঈবা যানবে। কবিগুম্বা রাহৈ অমনা পোৎ অমগী মগুণ কোংদোক্তুনা তাক্লবদি রাহৈ অত্থুবু পোৎ অত্থুগী বিশেষণ কৌই অমস্থুং তাক্লিবা অত্থুনা পোৎ অত্থুব থোইদোকপা মওং অমা লৈ হাঈবা উৎলি ব্রহ্ম শব্দগী অর্থনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা ওইবা মতমদা, অচৌব্বা হাঈবা অসিনা ব্রহ্মগী বিশেষণ ওইগনি-মগুন্নি; মবম অসিনা ব্রহ্ম শব্দ অসি মওং নাইবা পোৎ অমা ওইনা খঙনবা তাবে। শ্রুতিনা ব্রহ্মবু "সত্যংশিবম সুন্দরম" হাঈবি, "রসো বৈ সঃ" হাঈবি, "আনন্দম ব্রহ্ম" হাঈরি, "আনন্দময়োঽভ্যাসাৎ" হাঈরি। সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ববিৎ, সত্যং, শিবম, আনন্দম, সুন্দরম, রস:—শব্দ খুদিংমক অসি মওং নাইবা খঙনবা তাক্কনি; মরম অসিনা ব্রহ্মদি মওং নাই হাঈনা শ্রুতিনা যাথবে। থাঙ্গৈ-শেংবদি পোৎ অত্থুনা কল্লিগুম্বা মওং অমতা লৈত্রবদি, রাহৈনা করম্না ফো দোকপা যাগদগে কোংদোকপা য়াদে; ফোংদোকপা যাত্রবদি শব্দ নত্তে। ব্রহ্মদি শব্দ নত্তবা নত্তে; শব্দ নত্তবা ওইরবদি শ্রুতিদা ব্রহ্মগী মবমদা কল্লিগুম্বা অমতা ইরমলোইদবনি। শক্তি লৈ হাঈত্থুনা ব্রহ্ম মওং লৈ। ব্রহ্মনা শক্তি লৈবা অসি মাগী মহৌশানি হাঈত্থুনা, ব্রহ্মদগী থাইদোকপা য়াদে হাঈত্থুনা মাগী শক্তি অত্থুস্থু নিত্যনি, মাগী মওং অত্থুস্থু নিত্যনি।

## গৌর-কৃপা-টীকা

শক্তিনা ফোংদোকপা থবক অমু মানা তৌবনি ( হাঙ্গৈবদি শক্তিনা ফোংদোকপা মথৈ ক্রিয়ানি )। অনাদি-কালদগী ( অহৌবা মতম লৈত্রিডৈদগী ) ব্রহ্মগী শক্তি অসি ব্রহ্মগা পূম্না লৈ থাইদোক্তে, অমুগুমম্না শক্তিনা ক্রিয়াসু অনাদিকালদগী থাইদোক্তে। শক্তি অসিনা ইচম-চম্না ; শক্তি অমুম ওইম্না লৈবদা নত্তনা মথল-মখা অয়াম্বা মশিং থীবা ডমদবা অথম্নবা শক ওইনসু লৈ, শক্তিগী অথম্নবা পূম্নমক অসি, শক্তিমান ব্রহ্মগী অথম্নবনি। শক্তিগী মতৌগুম্না শক্তিগী অথম্নবসু ব্রহ্মগী তোংঙানদে। শক্তিগী অয়াম্বা অথম্নবমু ব্রহ্মগী লীলাদা উৎলি। ব্রহ্মদি লীলাগী মশক্কি হাঙ্গৈবসি "লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম" বেদান্ত সূত্র অসিনা য়ারে। লীলা-গী অর্থদি শাম্নবা হাঙ্গৈবনি। ব্রহ্মদি শান্নে, লীলা তৌই ; মরম অসিনা লীলা তৌননবগী য়াথন অমসুং মচাকসু মাঙোন্দা লৈ। ব্রহ্মনা মপুং ফাবা পোৎ অমা ওইবা করিগুম্বা মতমদা অরাৎপা অমগীদমক মহাক্না শান্নবা পাম্বা নত্তে। মহাক্না পুক্নিং ফুংঙাইবকপা মতমদা খসকী মশক ওইবা মতমদা ফুংঙাইবগী মম্নাঙ্গনা মহাক্না শান্নে. মাসিসু য়াফম থোকই। "স ঐক্ষত", "স অকাময়ত," অসিনচিংবা অয়াম্বা শ্রুতিগী য়াহৈদগী মহাকী ইন্দ্রিনচিংবনা তৌবা লমচৎসু তাবা ফংই, মহাকী ইন্দ্রিশিং অসি প্রাকৃত ( অচম্বা ) নত্তে ; মরমদি, জগৎ শেম্নবগী ( সৃষ্টিগী ) মতুংদা প্রাকৃত অচম্বা ইন্দ্রি থোক্লকপনি ; সৃষ্টিগী মমাংদদি মহাক্না মায়াগী মফমদা যেংলম্মী। মহাকী ইন্দ্রিনচিংবা মহৌশানা অথম্নবনি চমদবনি ( অপ্রাকৃতনি )। মথল-মখা অয়াম্বা অথম্নবা পূম্নমক অসি মহাকী মহৌশাগী—শক্তিগী মগুনি। শ্রুতিনা অমুকসু হাঙ্গৈবি, "কৃষ্ণো বৈ পরমং দৈবতম ( গ, তা, )।।" শ্রীকৃষ্ণ অসিমক অথোইবা ব্রহ্ম কৌই। "কৃষির্ভূ বাচকশব্দঃ ণশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ। তয়োরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভি ধীয়তে।।" গোপাল তাপনী-শ্রুতিনা অথোইবা ব্রহ্ম কৃষ্ণগী মরমদা হাঙ্গৈরম্মী—'সৎপুণ্ডরীক নয়নং মেঘাভং বৈদ্যুতাম্বরম। দ্বিভুজং মৌলিমালাঢ্যং বনমালিনমীশ্বরম।। মহাকী মমিং অমু কৃপাইনা শাংলবা থম্বাম্না ভমজনীংঙাই ওইবা, কুচুনা অনৌবা নোংগী কুচু মানবা, সনা ফিগে থোনবা, পাম্বোম অনি পানবা, লৈ পরেংনা য়েংশিনবা কোকথোম-থোনবা অমসুং লৈ-পরেং থোনবা অমুম ওইবা ঈশ্বর ( শ্রীকৃষ্ণবু ) খুরুমজরি।" অসুম ওইবা শ্রুতিগী য়াহৈ অসিদগী অথোইবা ব্রহ্মগী মশক অমসুং ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবগী মরী-মথোং ফংলে। পূম্নমক অসিসু মাগী মহৌশাগী শক্তিনা ওইবনি। শক্তিনা ফোংদোকপা অভকপা অমু মাগী মশক্কি। শক্তিনা ফোংদোকপা অভকপা অমু মাগী ঐশ্বর্য্যনি। ঐশ্বর্য্য লৈ হাঙ্গৈম্না মাবু ভগবান কৌই। শ্রীমদভাগবতকী অহানবা শ্লোকী টীকাদা শ্রীজীব-গোস্বামীনা হাঙ্গৈরম্মী— "সর্বত্র

## গৌর-কৃপা-টীকা

বৃহত্ত্বগুণযোগেন হি ব্রহ্মশব্দঃ প্রবৃত্তঃ। বৃহত্ত্বঞ্চ স্বরূপেণ গুণৈশ্চ যত্রানধিকাতিশয়ঃ সোঽস্য মুখ্যার্থঃ। অনেন চ ভগবানেবাভিহিতঃ। স চ স্বয়ংভগবত্ত্বেন শ্রীকৃষ্ণ এবেতি।— মফম খুদিংদা চাউথোরবপা ওদ্দগী গুণ লৈ হাঙৈদুনা ব্রহ্ম কৌবিবনি। মশক্তা চাউবা অমসুং গুণ পূম্নমক্তা চাউবা—অসি ব্রহ্মগা মান্নবা বনাগ্র লৈতে, য়াংবসু কনাসু লৈতে। মাসিনা ব্রহ্ম শব্দগী মরু ওইবা অর্থনি। মরু ওইবা অর্থ অসিনা ভগবানবু খঙৈ ; লাই ওইবগী মরমদসু খ্বাইদগী হেন্না চাউই হাঙৈদুনা ব্রহ্ম-বাহে অসিনা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খঙৈ।" শ্বেতাশ্বত-রোপনিষদগী - "তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং তং দেবতানাং পরমঞ্চ দৈবতম। পতিং পতীনাং পরমং পরস্তাদ বিদাম দেবং ভুবনেশমীড্যম ॥ ৬।৭।" য়াহৈসু অথোইবা ব্রহ্মদি স্বয়ং ভগবান্নি হায়বি।

মফম অসিদা ব্রহ্মবু স্বয়ং ভগবান্নি হায়বি ; মাসিনা খঙনরিবদি ভগবান বৌনা অসি মশিং য়াম্না লৈবা তারে। মাদু করম্না থাজবা য়াগদগে ? শক্তি পুথোক্লিবসি ভগবানগী মগুন্নি ; শক্তি পুথোক্লকপদা অঙকপা কংবা মশকশিং তাদু মশিং থীবা ঙম্বা নত্তে। মশিং থীবা ঙমদবা অঙকপশিং অদুগী মন্নুংদা অঙকপা অমদা শক্তি য়াংনা ফোংদোকই অমসুং অঙকপা অনদনা শক্তি মপুং ফানা ফোংদোকই। অঙকপা অনি অসিগী মবক্তা মশিং থীবা ঙমদবা অঙকপা লৈম্বিবনি। শক্তি অমসুং শক্তিমান ( শক্তিমপু )— থাইদোক্লবা য়াম্রবা পোৎ অনি অসিনা ব্রহ্ম ওই। মরম অসিনা শক্তিনা য়াংনা ফোংদোবপা মফম ওইবা, অফবগী বিরেপ অদুতা কাঙৈদনবা ঙাক্তনা লৈবা—অদুগুম্না মফম অদুদদি ব্রহ্মসু য়াংনা ফোংদোকই হাঙৈনা নীংনা য়াই ; ব্রহ্মদি মতম পূম্নমক্তা শীন্দুনা লৈগদবনি ; ফোংদোকপা মতমদা খেন্নবা মবম্না, শক্তি ফোংদোকপদসু খেন্নবদনি। অঙকপা অদুদা শক্তি বাংনা ফোংদোক্লবদি শীংথবা যাবা করিগুম্বা মশক অমত্তা উবা ফংদে। মফম অসিদা মশক হাঙৈরগা করিবু খঙনগদগে হাঙৈদদা ফজবা শক্তিম, গুণ, ঐশ্বর্য্যনচিংনবু খঙৈ। মতৌ অসুম তৌদুনা অঙকপা অদুদা করিগুম্বা তাথন্নবা মশক নাইবা লৈতে হাঙৈদুনা অদুম ওইনা অঙকপা অদুবু খাইনা মওং লৈতবা ( নির্ব্বিশেষ ) ব্রহ্মসু হায়ৈ, মহাক্তি গুণ লৈতবনি, মওং লৈতবনি ( নিরাকারনি )। মহাকপু ভগবান হাঙৈবা য়াদে ; মরমদি, মাহুদা ঐশ্বর্য্যনচিংবা—হাঙৈবদি অঙকপা শক্তিগী শীংথাবা য়াবা মশক লৈতে। অদুগা অদুম ওইবা অঙকপা অদুদা শক্তি পূম্নমক্তা তিন্দুনা ফোংদোক্লবা মাদুদা ব্রহ্মগী মশকসু মপুং ফানা ফোংদোক্লবা মতম অদুদদি ভগবানগী মগুণসু মপুংফানা ফোংদোকই। মবকী অঙকপা পূম্নক অদুদসু শীংথাবা য়াবা শক্তি ফোংদোক্লবা দৈন হাঙৈদুনা নথে ঈ

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদুনদু ভগবাম্নি ; তৌইতবসুং শক্তি কোংদোকপদা খেন্নবগী মতুংইন্না ভগবান ওইবগী হৌনবী গুণ লৈবা অদুনদু খেন্নবা লৈ । ব্রহ্ম ওইবগী অমসুং ভগবান ওইবগী গুন অদু মপুংফোনা কোংদোকপা অঙকপা অদু, মহাক স্বয়ং ভগবাম্নি ; অদুগা গুন থিখিক অদুনা থক্তিক-থক্তিক্তা ওইনা কোংদোকপা অদুম ওইবা অঙকপশিং অদুবুনা স্বয়ং ভগবানগী অংশ ( মচা-মনাই ) হাঙবা য়াই । ভগবৎ স্বরূপ পূন্নমকী রূপ গুনচিংবা লৈবা তাক্তনি । অদুম ওইবা অঙকপা পূন্নমক অসি অথোইবা ব্রহ্ম মক্ক ওইবা অমতদা হাঙবদি স্বয়ং ভগবান্দা তুংদুনা লৈ । ইবুংঙো মহাক্না অমতা ওইরবসু শক্লোন য়াম্না পুথোক্তনা লৈ । "একোহপি সন যো বহুধা বিভাতি । গো, তা শ্রুতি পূ,—২০ ।।" শক্লোন য়াম্না পুথোক্লবসু মহাক্তি মতোমতনি । "বহুমূর্ত্ত্যেক মূর্ত্তিকম । শ্রীভা, ১০ । ৪০ । ৭ ।। ( পয়ার ২ । ৯ । ১৪১ গী টীকাদা য়েংবিয়ু ) ।

হৌজিক্তি ব্রহ্ম শব্দগী মক্ক ওইবা অর্থদগী খণ্ডবা ওয়ে ব্রহ্ম হাঙবসি মশক লৈবনি, পূন্নমকপু খণ্ডবনি, পাক্লন য়াম্না কনবনি ; মহাক্তি স্বয়ং ভগবাম্নি হাঙনা, মক্ক ওইনা অর্থ তৌবসু শ্রুতিনসু য়াই । এষ সর্ব্বেশ্বরঃ এষ সর্ব্বজ্ঞ এষ অন্তর্য্যামী এষ যোনিঃ সর্ব্বস্ত প্রভবাপ্যয়ো হি ভূতানাম । মাণ্ডুক্য শ্রুতি । ব্রহ্মগী মক্ক ওইবা অর্থ অদু মওং অসুম হাঙনা তৌরবদা শ্রুতিনা য়াদবা উদে । মরম অসিনা ব্রহ্মগী অর্থ অদু মক্ক ওইবা অর্থদি খণ্ডদুনা মপানগী অর্থ ওইনা তৌবদি শাস্ত্রনা য়াবমত্রে । ১ । ৭ । ১০৩-৪ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু ।

মথক্তা নৈনখিবা অসিদগী খণ্ডবা ওয়ে, ব্রহ্ম—য়াহৈগী মক্ক ওইবা অর্থদি—( স্বয়ং ) ভগবানবু খণ্ডনে । ভগবান অসি চিদৈশ্বর্য্যনি—চিচ্ছক্তিনা পুথোকপা অঙকপগী মশক ওইবা ঐশ্বর্য্যনা থনবনি ; ষটড়ৈশ্বর্য্যগী মশক্নি । ব্রহ্ম সচ্চিদানন্দময়নি ; মাগী শক্তিবু চিচ্ছক্তি কৌই ; চিচ্ছক্তিগী মওংনা ষড়ৈশ্বর্য্য ( ঐশ্বর্য্য তরুক ) ওই ; অদুনা ষড়ৈশ্বর্য্যবু চিদৈশ্বর্য্য হাঙরিবনি । ( ১ । ২ । ১৫ পয়ারগী টীকাদা ষড়ৈশ্বর্য্যগী মরম য়েংবিয়ু ) । মাগা মান্নবা লৈতবনি—ব্রহ্মগা মান্নবা, চাউবা কনাসু লৈতে, মাঙোন্দগী হেন্না চাউবসু লৈতে । অতে পূন্নমক্না মাঙোন্দগী হেন্না পিকপা তাক্তনি । ব্রহ্ম নত্রগা পরব্রহ্মনা হিথম থুদিংমক্তা থাইদগী হেন্না চাউই । ন তৎসমশ্চাভ্যধিকশ্চ দৃশ্যতে ।। শ্বেতাশ্বতর শ্রুতি । ৬ । ৮ ।। অদুনা মহাক্না অথোইবা তত্ত্বনি ।

তাঁহার বিভূতি দেহ—সব চিদাকার।
চিদ্বিভূতি আচ্ছাদি তাঁরে কহে 'নিরাকার' ॥ ১০৭

অর্থ :—

ব্রহ্মগী মশা চিংকী মওং ওাক্তনি।
চিংকী হকচাং লোংখিদ্রনা, নিরাকার হায়বনি ॥ ১০৭

## গৌর-কৃপা টীকা

১০৭। মশা—মূর্ত্তি, বিগ্রহ। চিংকী মওং ওাক্তনি—অপ্রাকৃতনি ; শিবা মাইবা (প্রাকৃত নত্রগা জড়) নত্তে ; ব্রহ্ম সচ্চিদানন্দময়নি ; মহাকী হকচাংসু সচ্চিদানন্দঘনবস্তুনি (অরেম্বা মুংওাইবা মপাং ওইবা পোংশক্নি)। ভগবান-দি লীলাগী মশক্নি ; মহাকী ধাম (লৈকম) লৈ, লীলা শাম্নমিন্নবগী লোঈনবা লৈ, লীলাগী মচারুচিংবা লৈ ; পূম্নমক অসি মহাক্না পুথোকপা ওাক্তনি ; হায়রিবা পূম্নমক অসি অচম্বা (প্রাকৃত) অমতত্নু নত্তে ; মখোয় খুদিংমক মহাকী চিচ্ছক্তিগী মওংনি, মরম অদুনা মখোয় খুদিংমক চমদবা অপ্রাকৃত চিন্ময়নি ; মাগী হকচাংসু চিদঘনবস্তুনি—অপ্রাকৃতনি। পূম্নমক অসি অশেম্বা (অশাবা) পোং অমত্তা নত্তে—অনাদিকালদগী (অহৌবা মতম লৈত্রিবৈদগী) লৈরক্লবনি ; লোইবা-নাইদবা মতম ফাওবা লৈগনি ; মখোয় অসি অরেম্বা পোংনি।

অসি ফাওবদা শাম্বা ব্রহ্ম বাহৈগী মরূ ওইবা অর্থ তৌজরে। হৌজিক শঙ্করাচার্য্যনা তৌবা অর্থগী মরমদা খম্ন নৈনবা তারে।

থংনবা মথকী পয়ারগী টীকাদা ব্রহ্ম শব্দগী অর্থ অনি থোক্না তৌখরে—মাহুদি, বৃংহতি অমসুং বৃংহয়তি ; শঙ্করাচার্য্যনা "বৃংহয়তি" বাহৈ অসিগী অর্থ তৌরমদদুনা (থাদোক্লমদদুনা) "বৃংহতি" বাহৈ অসিতগী অর্থতা মতৌরম্লে ; "বৃংহয়তি (অতোপ্পবু চাওহনবা ওম্বা) বাহৈ অসিদগী ব্রহ্মগী শক্তি অমসুং শক্তিনা তৌবা থৌরম ময়াম অদুগী মরী মখোং থংওী (ফংই) ; শরক অসিবু হুন্দোক্লম্নবদি শক্তিসু মশক থওত্রে, অদুনা শক্তিনা তৌবা থৌরমশিং অদুসু থওত্রে, অদুনা ব্রহ্মবু শক্তি লৈতে অমসুং মওং (মূর্ত্তি) লৈতে হায়দুনা অর্থ তৌখরে, 'মওং' হায়বা অসিদি শক্তিনা পুথোকপনি। শঙ্করাচার্য্যনা বৃংহতি-বাহৈ অসিতগী অর্থ মতৌরে ; মহাক্না হায়রি—ব্রহ্মদি লাইনি (বিভু বস্তুনি) ; মহাকী শক্তি, মওং, ঐশ্বর্য্য, বিভূতি, ধাম, মাগা লোঈনবা-নচিংবা করিসু লৈতে, মওং লৈতবা মুংওাইবগী তুংকম্ন, অদুম্না ব্যাখ্যা তৌরে। ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হায়বসি শ্রুতিগী

চিদানন্দ তেঁহো—তাঁর স্থান পরিবার।
তাঁরে কহে—প্রাকৃত সত্ত্বের বিকার ॥ ১০৮

অর্থ :—

মাগী লৈকম, লোঈনবা চিদানন্দ ওাক্তনি।
মাহুবু মায়াগী সত্বগী মওংনি হাঈবনি ॥ ১০৮

## গৌর কৃপা টীকা

কবিগুম্বা মকমদা লৈরব্রবদি, ইশোঙ্গী-শোঈদনা শক্তি থঙনবা বৃংহয়তি—রাহৈ অসি থাদোক্লমহুনা অর্থ তৌবা তাবনি—মক্ক ওইবা অর্থ অসি থাদোকুনা মপানগী অর্থ তৌবা তাবনি। তৌইগুম্বনং শক্তি লৈ হাঈবগী মমমদা শ্রুতিদা প্রমাণ লৈবা মরম্ন শঙ্করাচার্য্যনা প্রমাণ অহুবু হুন্দোক্তনা মপানগী অর্থতমক মতৌথরে, মরম অহুনা মহাকী অর্থ অহু নাতৈ চাত্রে। মাসি মহাপ্রভুনা হাঈবা রাথংনি। চিংকী মওং ওাকৃতি—চিচ্ছক্তিগী মওং ওইবা মশক্তি। লোংখিহুনা—ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হাঈবা অর্থ অহুদি হুন্দোরম্নগা। নিরাকার হাঈবনি—মওং মূর্ত্তি লৈতে হাঈবমি। মথকী পয়ারদা হাঈজথরে, ব্রহ্মগী শক্তি লে হাঈহুনা মাহুদা অঙকপা মশিং নাইদনা লৈ। অঙকপা অহুদা শক্তি রাংনা লৈরগা অঙকপা অহু মওং লৈত্রে ( নিরাকার ওইরে ), অঙকপা অহুদি সত্যনি।

১০৮। চিদানন্দ—ব্রহ্ম হাঈবা রাহৈ অসি ভগবান চিদানন্দনি, সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহনি ( হকচাংনি ), মহাকী মশা অহু সং, চিং অমসুং আনন্দ ( নুংঙাইবা ) নত্তনা অতৈ করিস্নু নত্তে ; পুম্নমক অসি অপ্রাকৃত বস্তুনি ( চমদবনি ), মাহুদা প্রাকৃত ( মায়াগী অচম্বা ) করিগুম্বা পেং অমত্তা লৈতে অমসুং লৈবস্নু ওমদে, মরমদি, শ্রুতিনা হাঈরি—মহাক্তি আনন্দং ব্রহ্মং" । মাগী—ব্রহ্ম ভগবানগী। লৈকম—মকম, থাম, লীলাগী মকম। লোঈনবা —লীলা শায়বদা লোঈনবা। মহাক মতোমদনা চিদানন্দ ওইবত্তা নত্তনা, মাগী থাম লীলাগী লোঈনবা অমসুং লীলাগী মচাক্তচিংবা পুম্নমক চিদানন্দ ওাক্তনি—পুম্নমক অহু ত্তম্বা ( মাযাগী প্রাকৃত ) পোংশক্না শোকপা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং অহুম ওইবা মশক নাইবা ভগবানবু শঙ্করাচার্য্যনা অচম্বা মাযাগী সত্বগী মওংনি হাঈরম্মী। । স্মৃষ্টিগী মতমদা মায়াগী গুণ পুম্নমক অহুনা ওাগুমক্তুনা মশং অমা নাইরকই ; অমসুং মওং নাইরিবা প্রকৃতি অহুগী ওগ্নচিংবদগী জগ-প্রপঞ্চ ( নৈ, ঈশিং, মৃশিং, পৃথিবী, আকাশ ) শেম্মী, ভগবানগী

তাঁর দোষ নাহি তেঁহো আজ্ঞাকারী দাস।
আর যেই শুনে, তার হয় সর্ব্ব নাশ ॥ ১০৯
বিষ্ণুনিন্দা আর নাই ইহার উপর।
প্রাকৃত করিয়া মানে বিষ্ণু কলেবর ॥ ১১০

অর্থ :—

মাগী দোষ লৈতে মহাক্কি য়াথং ইনবা মনাইনি।
মাহু তারুবা মী অহুদি পুম্নাক মাঙবনি ॥ ১০৯
অচৌবা পাপ পুই, বিষ্ণুবু নিন্দা তৌবদি।
বিষ্ণুবু অচম্বনি হাঙ্গনা খল্লবদি ॥ ১১০

## গৌর-কৃপা-টীকা

হকচাং অহু অচম্বা প্রাকৃত সত্বগী মওং ওইরবদি মহাকস্থ সৃষ্টিদা য়াওবা পোংনি হাঙ্গনা য়াবা তারে, সৃষ্টিগী মমাংদা মহাক লৈতবা তারে, মহাপ্রলয়না সৃষ্টিগী পোং পুম্নমক মাঙহল্লবা মতমদা ভগবানস্থু মাঙ্গনি, মহাক্কি অমেম্মা নত্তে; অসুম হাঙ্গনা সিদ্ধান্ত ওইবসি শ্রুতিগী ৱাহৈবু যেক্রবনি (যাদবনি), শ্রুতিনা হাঙ্গরি—মহাক্কি নিত্যো নিত্যানাম। কাঠ ২।২।১৩।" অপানিপাদো জবনো গ্রহীতা-নচিংবা। শ্বেতা।৩।১৯।" "এষ সর্ব্বেশ্বর এষ সর্ব্বজ্ঞ-নচিংবা। মাণ্ডুক্য।৬।" "এষ আত্মাহপহতপাপমা বিজরো বিমৃ-র্ত্যুরিত্যাদি। ছান্দো।৮।১।৫।" নচিংবা শ্রুতিনা সগুণ ব্রহ্ম অমদি মহেশ্বরগী মরম উৎলি, শঙ্করাচার্য্যগী মতুং ইনবা অদ্বৈতবাদীশিংনা অহুম ওইবা মহেশ্বরবু মায়াগী মওংনি হাঙ্গ, মরম অদুনা মখোঙ্গী মোংতা (মপুক্কিংদা) মহেশ্বরগী মরম ওইবা অর্থ অশেংবা অহু লৈতে। মরম অদুনা মখোঙ্গনা চংলিবা লম্বি অসি কবিগুরুদা শ্রুতিগী প্রমাণা য়াওবা উত্রে।

১০৯। মাগী দোষ লৈতে—ব্রহ্ম ওইবা পোংপু নিরাকারনি (মওং লৈতবনি) হাঙ্গনা অর্থ তৌবদা অমসুং সাকার-স্বরূপ (মওং নাইবা পোংশকপু) অচম্বা (প্রাকৃত) সত্বগুণগী মওংনি হাঙ্গকবদা শঙ্করাচার্য্যগী থোইদোকপা দোষ লৈতে। মরমদি মহাক্কি য়াথং ইনবা মনাইনি -মহাক্কি য়াথং ঙাকপা মনাইনি; ভগবানগী য়াথংনা শঙ্করাচর্য্যনা অসুম হাঙ্গনা অর্থ তৌরিবনি। মথক্কী পয়ার ১০৫ গী টীকাদা য়েংবিয়্। তৌইগুম্বসুং মাহু তারুবা মী অহুদি-নচিংবা—মতৌ অসুম হাঙ্গনা অর্থ তৌবা অহুবু তারুববদি পুম্নাক-মাঙই। (পুম্নাক-মাঙবগী মরমদি মতুংগী পয়ারদা য়েংবিয়ু)।

১১০ অর্থ—বিষ্ণুগী হকচাংবু অচম্বনি (প্রাকৃতনি) হাঙ্গনা পুক্কিনা খল্লবদি, বিষ্ণুনিন্দা তৌবগী মরমদা নাহুদগী হেন্না চাউবা পাপ অমা লৈতবে।

## গৌর-কৃপা-টীকা

বিষ্ণুবু—শিহ্‌্ংনা লৈবা ভগবানবু। অচম্বনি—মায়াগী (প্রাকৃত) সত্ত্বগুণগী মওংনি।

অপ্রাকৃত ( লাই, চমদবা ) অরেম্বা পোৎ চিদানন্দঘন ভগবদ-বিগ্রহবু অরেম্বা নত্তবা প্রাকৃত ( মায়া ) সত্ত্বগুনগী মওংনি হাইনা পুক্নিংদা খাখন তৌরম্বদি ( নীংলুরবদি ) বিষ্ণুবু নিন্দা তৌবগী মরমদা মাতুংদগী হেম্না চাউবা পাপ লৈতরে। করিগুম্বা পোৎ অমবু হম্বনা শীংথাবা অহু, মাবু নিন্দা তৌবনি; মায়া চাউবা পোৎ অমবু অহুকী মতিক হম্বনা শীংথাবা অহু খুইদগী হেম্না চাউবা নিন্দানি। পরব্রহ্ম ভগবান্দি খুইদগী হেম্না চাউবা পোৎনি; মহাক্না অরেম্বা পোৎ পূম্মকাইম্ব অরেম্বা পোৎনি—অনাদি, অনন্তনি। অদুগা প্রাকৃত ( মায়া )গী পোৎতি অরেম্বা নত্তে, শিবনাইবনি। ভগবানগা চাদম্নবদা প্রাকৃত—সম্বানচিংবা মায়িক গুণ্ড অসুকী মতিক তোম্বথরে ( হম্বথরে ) ইবুংঙো মহাকী মনাক্তা চৎপদি লাম্না থমথিসি, মহাকী খামগী মচি অমদা চংবা কাওবা ওমজদে—করি অমুক হ'ঈগনি ইবুংঙো মহাকা মাইয়োক্নহনা লৈজবা কাওবা প্রকৃতিদা ওমজদে। অমুক তোনথবা প্রকৃতিগী গুণগী মওংনি হাঈহনা ভগবানবু শীংথারবদি ইবুংঙো মহাকপু নিন্দা তৌবদা থমথোংনা নিন্দা তৌবা কৌই। বিষ্ণুবু নিন্দা তৌবা তাক্নবদি মাইকয়ম্বদগী হুম্বকল্না নরকা ( নোরোক্তা ) ( অরাবদা ) তাই। "নিন্দাং ভগবতঃ শৃণ্বংস্তৎ পরস্য জনস্য বা। ততো নাপৈতি যঃ সোঽপি যাত্যধঃ সুকৃতাচ্চ্যুতঃ শ্রীভা, ১০। ৭৪। ৪০। তত্র তোষণী—অধো মহানরকং সুকৃতক্ষয়েন তস্য কদাপি সদগতির্ন স্যাদিতি সূচিতম। ভগবানবু অমসুং ভগবানগী মনাইবু নিন্দা তৌবা তাবগা মী অহুনা মকম অতুদগী থাজোক্নহনা চত্রবদি মহাকী মাইকবা পূম্মমক মাঙই অমসুং মহানোযোক্না তাই; কৈন্দোম্মুংদম্ব মাইকবদা কাখৎপা ( ইনাকখুনবা ) ওমদে।" মরম অহুনা মথক্তী পয়ারদা হাঈম্নিবনি—"মাহু তারবা মী অহুদি পূম্মাঙ-মাঙবনি"। পয়ার ১০৬—১০ দা ব্রহ্ম শব্দগী অর্থ নৈনখরে। শঙ্করাচার্যাগী মপানগী অর্থ মতৌদা হাঈরি—ব্রহ্মবু নিরাকার ( মওং লৈতবা ) নি, নির্ব্বিশেষনি, নিঃশক্তিক (শক্তি লৈতবা) নি, মহাকী ঐশ্বর্য্য লৈতে, খাম লৈতে, লীলা লৈতে, লীলাগী লোঈনবা লৈতে। মহাপ্রভুগী মত ওইবা অর্থ মতৌদা হাঈরি—ব্রহ্মদি সাকার ( মওং লাইবা )নি, সবিশেষ, সশক্তিক ( শক্তি লৈবা )নি; মহাকী ঐশ্বর্য্য লৈ, লীলা লৈ, খাম লৈ, লীলাগী লোঈনবনচিংবা লৈ।

**ঈশ্বরের তত্ত্ব যেন জ্বলিত জ্বলন।**
**জীবের স্বরূপ যৈছে স্ফুলিঙ্গের কণ ॥১১১**

**অর্থ : –**

**ঈশ্বরগী তত্ত্বদি অচাকপা মৈশুম্বনি।**
**জীবগী মশক্তি য়াম্না পিকপা মৈরিককুম্বনি ॥১১১**

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১১১। ব্রহ্ম তত্ত্বগী মরমদা খন্নগ্রবনিনা জীব তত্ত্ব অমুক খন্নবা তারে। পয়ার ১১১—১৩ দা। জীবগা ঈশ্বরগা করি মরী কৈনবগে হাঙ্গৈবা অসি খন্নবা তারি। অচাকপা মৈগা মৈরিকা মরী লৈনবগুম্না ঈশ্বরগা জীবগা মরী লৈনৈ হাঙ্গৈনা পয়ার অসিদা উংলি।

অচাকপা মৈ—মৈরি চাউনা চাক্লিবা মৈ। ঈশ্বর তত্ত্বদি মৈরি চাউনা চাক্লিবা মৈ-শুম্বনি; অদুগা জীবগী মশক্তি মহাক্কা চাংদম্নবদা য়াম্না পিকখ্রবা লৈরিক্‌হুনি। মৈরিকা মৈজাওগা অনিগী হৌরককম মশক্তি অমতনি পোং অমতনি (মৈ ওাক্রনি), অদুগুমখুনা ঈশ্বরগা অমসুং জীবগা মশক অমতনি পোং অমতনি (চৈতন্য—লৌশিং—জ্ঞান ওাক্রনি); ঈশ্বরনা অচৌবা (বিভু) চৈতন্যনি, জীব-না মতুংইনবা অপিকপা চৈতন্যনি, জ্ঞান্নি। “পরমাণুরেবায়ং জীবো ন বিভুঃ। বেদান্তসূত্রে।২।৩।১৮ সূত্রগী গোবিন্দ ভাষ্য।” এষোহণুরাত্মা। মুণ্ডক।৩।১।৯।।” শ্রুতিগী মফম অয়াম্বদা “আত্মাবু অচৌবা অমদি লাই” হাঙ্গৈদুনা উংলি; অদুম ওইবা মফম অদুদা আত্মাবু পরমাত্মা ওইনা লৌখ্রবনি, জীবাত্মা ওইনা লৌবা নত্তে। বেদান্তসূত্র।২।৩ ২০ সূত্রগী গোবিন্দ ভাষ্য।

চৈতন্য, জ্ঞানগী মরমদা খন্নবদি অনিমক অমত্তনি খেন্নদে। তৌইগুম্বসুং মৈরিক্তি মৈজাও নত্তে, মৈজাও ওইবসু য়াদে; অদুগুমখুনা অপিকপা চৈতন্য জ্ঞানগী মশক ওইবা জীবসু অচৌবা চৈতন্য, জ্ঞান ঈশ্বর নত্তে, ঈশ্বর ওইবসু য়াদে; অপিকপা অমসুং অচৌবগী হিলাবতা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নৈ মান্নদে; ঈশ্বরনা লাই ওইবা পোংনি—য়াম্না চাউবনি; তৌইগুম্বসুং জীবদি মতুং ইনবা পোংনি—য়াম্না পিকপনি; শন্নামকৈ অমবু শরুক চামা খোক্কা খাঙ্গদোক্লগা মাহুগী শরুক অমমম্ব, অমুক শরুক চামা খোক্কা খাঙ্গদোক্লগা শরুক খুদিংমক্কা পিক্লিবা অদুক জীব-না পিকপ্রে, ঈশ্বরগা চাংতম্নবদদি জীব-না মাহুদগীসু হেন্না পিকপ্রে। মতৌ অদুম তৌদুনা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নৈ অমসুং খেন্নবা লৈতনা অনিমক লৈরি; অনিমক চিন্তনি (জ্ঞানগী পোংনি) হাঙ্গদুনা মখোঙ্গী অনিগী মরক্তা

জীবতত্ত্ব শক্তি, কৃষ্ণতত্ত্ব শক্তিমান।
গীতা-বিষ্ণুপুরাণাদি ইথে পরমাণ॥ ১১২

অর্থ :—

জীব তত্ত্বনা শক্তি, কৃষ্ণ তত্ত্বনা শক্তিমান।
গীতা—বিষ্ণুপুরাণচিংবদা লৈরি প্রমাণ॥ ১১২

## গৌর-কৃপা টীকা

থেম্নবা লৈতে, তৌইগুম্বম্নুং অপিকপা অমসুং অচৌবগী মরমদা হাঙ্গক্লরবদি ( থল্লুরবদি ) মথোয় অনিগী মরক্তা থেম্নবা লৈ। পরমাত্মনোহন্যো জীব:—জীবদি পরমাত্মাদগী অতোপ্পনি। বেদান্ত সূত্র ২।৩।১৮ সূত্রগী গোবিন্দ ভাষ্য।” থেম্নবগী অতোপ্পা মরম অমা মতুংগী পরারদা হাঙ্গজরি।

১১২। জীব তত্ত্ব অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি—জীব শক্তি নত্রগা তটস্থা শক্তি (মনাক্তা লৈবা শক্তি), নি; জীব শক্তিগী মপুদি ঈশ্বরনি হাঙ্গবদি শক্তিমান-নি। শক্তি অমসুং শক্তিমানগা লৈনরিবা মরী অসিগুম্না, জীব অমসুং ঈশ্বরগী মরক্তসু মরী লৈনৈ। অনি অসিগী মরী লৈনরিবা মওং ঙসি অণ্ডকপা, রাথগ্না লাম্বা কংদবনি, থেম্নৈ হাঙ্গবসু ম’বা থেম্নদে হাঙ্গবসু যাবনি। থেম্নৈ অমসুং থেংদে হাঙ্গতুনা লোঙ্গনতনা হৌজিক কাওবা অসুম লৈরবনি। ১।৪।০৩ পরারগী টীকাদা যেংনিযু। করি করিগুম্বা নতমদা কস্তুরী অতু খণ্ডত্রনসু মহ’ক্কী মনমদি খণ্ডিত—হাঙ্গবদি শক্তিমান অতু খণ্ডত্রবসু শক্তিদি খণ্ডিত, কিবম অসিদা শক্তিগা শক্তিমানগা থেম্নৈ হাঙ্গনা নীংবা য়াই। পোং অমতদা শক্তি তোণ্ডান-তোণ্ডাম্না কোংদোকপা উরবসু শক্তি অমসুং শক্তিমান থেম্নৈ হাঙ্গনা নীংই; তৌইগুম্বম্নুং কস্তুরীদগী মাগী মনম্না তোণ্ডাম্না লৈ হাঙ্গনা হাঙ্গকবা য়াদে, অতুগুমহুনা শক্তি অমসুং শক্তিমানসু অমগা অমগা চংশিন্নহুনা লৈ হাঙ্গহুনা শক্তিমান্দগী শক্তিসু তোপ্পা লৈতে; হিসাব অসিদা শক্তি অমসুং শক্তিমান থেম্নদে। মতৌ অসুম্না শক্তি অমসুং শক্তিমান অনি অসি থেম্নৈ হাঙ্গবসু য়াই থেম্নদে হাঙ্গবসু য়াই। মরম অহুনা জীবগা ঈশ্বরগসু থেম্নৈ অমসুং থেম্নদে হাঙ্গবা য়াই। “তদেবং শক্তিত্বে সিদ্ধে শক্তি শক্তিমতো: পরস্পরানুপ্রবেশাৎ শক্তি মদব্যতিরেকে শক্তি ব্যতিরেকাৎ চিত্বাবিশেষাচ্চ কচিদভেদনির্দ্দেশ একস্মিন্নপি বস্তুনি শক্তিবৈবিধ্যদর্শনাৎ ভেদনির্দ্দেশশ্চ নাসমঞ্জস: —পরমাত্ম সন্দর্ভ: ।৩৭॥” মরম পুম্নমক অসিনা জীবদা ঈশ্বরনা থেম্না অমসুং থেম্নদনা কোংদোকই হায়বা য়াই। “কৃষ্ণের তটস্থা শক্তি ভেদাভেদ প্রকাশ।২।২০।১০১॥” পরার ১।২।৮৬

তথাহি শ্রীভগবদ্গীতায়াং ( ৭/৫ )—
অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।
জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥ ৬

গৌব-ক পা-শক

অমস্তুং ১।৪।৮৩ টীকাদা য়েংবিথু। ৷াণ—জীব অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি হাঙ্গবনি গীতা অমস্তুং বিষ্ণুপুরাণচিংবদা প্রমাণ ফংই। মাহ্ ত্যরপ্পা খণ্ডননগীদমক মথাদা গীতা অমস্তু বিষ্ণুপুরাণগী প্রমাণ পীজবি।

শ্লোক। ৬। অন্বয়। মহাবাহো (হে মহাবাহু অর্জ্জুন) ইয়ং (প্রকৃতি অসি) অপরা (অথে ইবা নত্তে) ইত. (মাসিদগী) অন্যাং (অতোপ্পা) জীবভূতাং (জীব শক্তিগী মশক ওইবা) মে (ঐগী) পরাং (অথোইবা) প্রকৃতিং (প্রকৃতিবু) বিদ্ধি (খঙও) যয়া (অথোইবা প্রকৃতি অহুন) ইদং (অসুম ওইবা) জগৎ (জগৎপু) ধার্য্যতে (পুরি)।

অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাঙ্গি—"হে মহাবাহো। মাহ্ (.থকী ধে প্রকৃতিগী রা হাঙখিবা অহু) অথোইবা নত্তে. মাহুদগী অতোপ্প জীব শক্তিগী মশক ওইবা ঐগী অথোইবা প্রকৃতি অমা লৈরি, মাহু নংন খঙও। অথোইব প্রকৃতি অসিনা জগৎপু পুরি।" ৬। ইয়ং—প্রকৃতি অসি। নৈনবিব শ্লোক অসিগী মথক তাইনরিবদা "ভূমিরাপোহনলো বায়ু রিত্যাদি" (গীতা ৭।৪।) শ্লোক্তা লৈবাক, ঈশং, মৈ, মুংশং, আকাশ, পুক্লিং (মোন), বুদ্ধি অমসুং নাপন (অহংকার) নিপান অসি মপানগী শক্তি ওইবা প্রকৃতিগী রা হাঙ্গখরে। মফম অসিদা ইয়ং—শব্দ অসিনা মপানগী শক্তিবু খঙনরে। অপরা- ন পরা (অথোইবা) অপরা, অথোইবা নত্তে, অতোনবনি, মপানগী প্রকৃতি অহুদি শিবা নাইবনি, মরম অহুনা এাহুবু অতোনবা হাঙ্গরিবনি। মাহুদগী অতোপ্পা প্রকৃতি অহুদি জীবভূতা জীবশক্তিগী মশক্তি, ঈশ্বরগা নরুবা শক্তিনি, শক্তি অসিদগী জংথকী জীব পুম্নমক থোরকই, মরম অহুনা জীবভূতা হাঙ্গরবনি, জীবভূতা প্রকৃতি অসিনা পরা-অথোইবনি, মহাক অসি চৈতন্য স্বান)গী মশক ওইবা প্রকৃতিনি হাঙ্গহুনা মহাকপু অথোইবী হাঙ্গিবনি। লৈবাক, ঈশিং, মৈ-নচিংবা প্রকৃতিগী মপ অসি, ভগবানগী মপানগী শক্তিনি, শিবা নাইবনি (অরেপ্পা নত্তে). অহুনা অতোনবা হাঙ্গিবনি, তৌই-শুম্নসুং ঈশ্বরগী অহুম ওইবা শক্তি অহুগী অংশ (মনাই) ওইবা জীব পুম্নমক অহু দ

## গৌর-কৃপা-টীকা

অপিকপা = অনুচৈতন্য জীববু বিভু অচৌবা চৈতন্য ঈশ্বরগা খেন্নদে হাঙ্গৈরবদি বিভু অচৌবা চৈতন্য ঈশ্বরগী মগুণ হন্নবনি। ঈশ্বরগী মগুণি অচম্বা মীন। খণ্ডবা ওবদে, মন্নম অহুনা শঙ্করাচার্য্যগী রা-দগী সাধারণ জীব-না ঈশ্বরগা জীবগা খেন্নদে হাঙ্গৈনা নাংখহুনা ঈশ্বরগী তৌওম্বা শক্তিগা জীবনা তৌবওম্বা শক্তিগা মায়ৈ হাঙ্গৈনা নীংই, মাদুম্না নীংলবদি সাধারণ মীগী মফমদা ঈশ্বরগী মগুণ অসি কুপশিন্দুনা লৈগনি, গুণ হন্নবা লৈগনি। মহাসমুদ্রবু থেংহুম মতোন্দা পকপা ঙমিংনি হাঙ্গৈনা নীংলবদি সমুদ্রগী মগুণ হন্নহনবা কৌই। অচৌববু মচা অমগা মায়ৈ হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈবদি অচৌবা অদুগী মগুণ মাঙই। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যগী ব্যাখ্যাদা ব্রহ্মগী মগুনবু হন্নহন্নে হাঙ্গৈনা মহাপ্রভুনা ফোংদোকই।

নৃসিংহ তাপনীগী (২।৫।১৬১) ভাষ্যদা শঙ্করাচার্য্য মশানা হৈবম্মী— "মুক্তা অপি লীলয়া বিগ্রহং কৃত্বা ভগবন্তং ভজন্তে।— মুক্ত ফংলবা মী-শিংনসু ভক্তিগী কৃপানা তোঙানবা ওতোপ্পা হকচাং অমা ফংদুনা ভগবানবু নীংই।" মীবগা ব্রহ্মগা থেন্নব লৈতদুনা মুক্ত জীব-না ব্রহ্মদা অমতা ওইনা মিলপ্রবদি অদু ওইরবদি মকুগী ফিবমদা করিগ্গু। মশক থংবা অমতা লৈতদুনা মুক্ত জীব-গী মরমদা তোঙানবা হকচাং অমা ফৈফম (লৈবম) থেক্রে। অদুম ওইনমক শঙ্করাচার্য্যনা এতম অদুনা হৈবম্ম, মকুগী ফিবমনসু জীব-না তোঙানবা অতোপ্পা হকচাং অমা ওইবা তুম্মী, মাসিনা শেংনা খঙবা ওয়ে, জীব-না অয়েপ্পা তাংনা সম্বা হকচা অমা লৈ হাঙ্গৈবসি মঙাকসু যই।

জীব স্বরূপ মরমদা বেদান্ত-সূত্র কথামৃকী ভাষ্যদা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনসু জীব-গী মশক (স্বরূপ) পিকই হাঙ্গৈবসি য়াবম্মী। উৎক্রান্তিগত্যাগতীনাম। ২।৩।১৯ সূত্রগী ভাষ্যগী অরোইবদা মহাক্না হৈরমী—অনুবাচ্চেতি গম্যতে জীব স্য অণু—নাসিনা প্রমান্ন। স্বাত্মনা চোত্তরয়োঃ। ২।৩।২০। সূত্রগী ভাষ্যনসু মতৌ অদুগুম্না মহাক্না সিদ্ধান্ত তৌরি—তস্মাদপি অস্য অণুত্বসিদ্ধিঃ রাংত্ব অসিদগীন জীবাত্মাদি পিকই হাঙ্গৈন। লৌবি। মাসিগী মতুংনী সূত্রদা স্বয়ং ব্যাসদেবনা মোং তিন্নদবা কাংলুপকী অর্থ অমা কক্থৎনখ্রা হাঙ্গৈরক্নি। মোং তিন্নদবা কাংবুগী ভাব-তি অসিনি। কনাগুম্বনা আত্মা অসি অপিকপা মঙ্গে হাঙ্গৈরকপা খোক্লবদি ; করিগীনো হাঙ্গৈবদা শ্রুতিদা—আত্মাবু অচৌবনি হাঙ্গৈরি হাঙ্গৈদুনা। ভাব অসি কক্থৎনবগীদমক সূত্রকার ব্যাসদেবনা হাঙ্গৈরি—নাণুরতচ্ছ্রুতেরিতি চেন্নেতরা-ধিকারাৎ। ২।৩।২১॥ সূত্রগী ময়েকশিং অসি খুপাইদুনা য়েংলবদি অমুন্না ওইগনি।

ব্যাসের সূত্রেতে কহে পরিণামবাদ।
'ব্যাস ভ্রান্ত' বলি তাহঁা উঠাই বিবাদ॥ ১১৪

অর্থ :—

ব্যাসকী সূত্রদা পরিণামবাদকী বা লৌখৎলি।
'ব্যাসপু চুমদে' হায়দুনা আপত্তি থাঙৎলি॥ ১১৫

---

## গৌব-কৃপা-টীকা

ন অন্য: ( আত্মাদি অপিকপা নত্তে ) অতঃ শ্রুতেঃ ( ( শ্রুতিদা অসুম্না উৎতে, অতোপ্পা মতু অমা লৈইনা উৎলী। আত্মাদি অচৌবনি হাইনা শ্রুতিদা ইবা উবা ফংই ) । ইতি চেৎ ( অসুম্না কনাগুম্না হায়বনদি ) ন নত্তে ) ইতরাধিকাবা ( আত্মাবু অচৌবনি হায়না মযম অতুগী মাত্মা অদু অতোপ্পা আত্ম অমনি হায়বদি পরমাত্মা নত্রগা ব্রহ্মাবু হাইনি। জীবাত্মাবু নত্ত। ) শঙ্করাচার্য্যস্থ শ্রুতিগী প্রমাণ অসি উত্তুনা মথকী অসুম্না অর্থ তোয়ম্মী জীব অমং ব্রহ্ম থম্মদ্রবদি জীববু ব্রহ্ম নত্রনা পবতত্ত্ব হায়বা তারে অপিকপ-চৈতন্য জীববু অচৌবা বিভু চৈতন্য ব্রহ্মগা থম্নানা হায়দুনবদি নক্ষা। মগুণ হুম্বহনবনি ( কুপশিনবনি )।

১১৫। হৌদিক লোমু সু মক অনা অনা না নাপাগী মপান অর্থবু ককথৎলি। পযাব ১১৪ ১১ দা।

মক পৈরা অর্থদা প্রভুনা তাকপিনি—জগৎ অসি ব্রহ্মনা শুনানি ( পরিণাম ), ব্রহ্মগী হায়কম থক্তদবা শক্তিনা জগৎ ওইন ওয়াবস্থ অহানবগী ব্রহ্ম ফবম অদু হক হংকাঈদনা ইহোং-হোংদনা অদুম ল

শঙ্করাচার্য্যনা মপান। মথদা হায়রি—জগৎ অসি ব্রহ্মনা লেবা নত্তে, খোবীদ শেরাম্বনা লিন ওইবমাগ্ন হাপ্না থক্লবগু। জগৎপু অন-চৈতননা ব্রহ্মন ওয়না ওইবমাল্ল হায়না নীংঙ্বনি। ব্যাসকী সূত্রদা—ব্যাসদেবনা হব বেদান্ত সূত্র মমুংচনা "আত্মকৃতেঃ পরিণামাৎ॥ ১। ৪। ২৬॥" সূত্রদা।

পরিণামবাদ—"জগৎ অসি ব্রহ্মনা শুনবনি, ঘোট ( ঘট ) চফু অসি লৈনাক্কা শুনবনি ( শাবনি ), অসিগুম্না জগৎস্তু ব্রহ্মনা ওইবনি।' অসিগুম্বা মতৌ ফিবম্ব পরিণামবাদ কৌই। পরিণামগী মরমদা শ্রীজীবনা হাই -"তত্ত্ব—তোহন্যথাভাব: পরিণাম ইতি এব

## গৌর-কৃপা-টীকা

লক্ষণং ন তু তত্ত্বস্যেতি। দৃশ্যতে চাপি মণি মন্ত্রমহৌষধি প্রভৃতীনাং তর্কালভং শাস্ত্রে—কগম্যমচিন্ত্যা শক্তিগুম সর্ব্বসম্বাদিনী ১৪৩ লামাই। মতুদগী ( অরেপ্পা পোংশক্তগী ) অতোপ্পা মওং অ-দা ওল্লিবা অহু ( শক্লোন পুথোক্লিবা অহু ) পা মণাম্নি, তত্ত্ব অহুদি লেঙবা ( হোংবা ) নাত্তে। মক্ব ওইবা পোংশক অহু লেঙহন্দনা থম্লগা অতোপ্পা শক্লোন পুথোকবদি পুথোক্লিনা শক্লোন অহুবু মক্ব অহুনা ওনবা ( পবিণাম ) কৌই। মণিমন্ত্র-মহৌষধি-নচিংবগী অসিগুম্বা অতক্পা শক্তি লল তর্কনদি ( মবৈ যেংপনদি ) অসুম তৌনা অতক্পা শক্তি অসি ভাব তাবা তমদে।

"আত্মাকৃতেঃ পরিণামাৎ। ১। ৪। ২৬।"—বেদান্ত সূত্র অসিগী মক্ব ওইনা অর্থদি—ব্রহ্মনা শক্লোন পুথোক্লনা জগৎ ওই—অসুম হায়না অর্থ তৌফম থোকই। আত্মকৃতে পরিণামাৎ॥ ১। ৪। ২৬। সূত্র অসিগী ভাষ্যদা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা হায়—শ্রুতিদনা খঙবা ওন্মী, তদাত্মানং স্বয়মকুরুত-মহাক্লগা স্বয়ং আত্মাব শেন্মী কর্ত্তাসু ( মপুম ) ব্রহ্মনি, কর্ম্মসু ব্রহ্মনি। বা অসিবু করম্না শাচুম্বা ওইবা যাগদগে? ব্রহ্মদি অনাদিনি ( অহৌবা নাইদবনি, মাহৌন্দ্র হানবা ( তবান ), অবেপ্পা মশক্তি অমসুং কর্ত্তানি, মহক করম্না অমুং নম্ম ( খবক ) ওইবা যাগদগে? কথং পুনঃ পূর্ব্বসিদ্ধস্য সতঃ কর্তৃত্বেন ব্যবস্থিতস্য ক্রিয়মাণত্বং শক্যং সম্পাদয়িতুম মাসিগী পাওখুমদা হায়রি—"পরিণামাৎ ইতি ব্রূমঃ পূর্ব্বসিদ্ধোঽপি হি স আত্মা বিশেষেণ বিকারাত্মনা পরিণময়ামাস আত্মানমিতি। ব্রহ্ম পূর্ব্বসিদ্ধ ( অনাদি ) অবেপ্পা মশাক ওইরবসু মশানা অথগ্নবা মশক শক্তম ওইনা ওন্থোকই ( সাইওল্লী )।" শ্রীপাদ আচার্য্যনা শম্নপসু হায়রি "ব্রহ্মণ এব বিকারাত্মনায়ং পরিণামঃ—ফিবম অমদগী অতোপ্পা ফিবম মদ ওন্থোকপা অসি ব্রহ্মন ওনবনি।" জগৎ অসি ব্রহ্মন ওনবনি, সূত্রদা হায়রিবা অসি শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্য গাথনে, ব্রহ্মনা মওং অমা নাইহনা ওন্নবনি, হায়বা অসিসু মহাক্না হায়রম্মী।

( শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি )—"প্রকৃতি, পুরুষ অমসুং কাল ( মতম ) অহুম অসি এনা ওইবা ব্রহ্মগী মশক্তি, করিগীনে, হায়বদা প্রকৃতিদি ঐগী শক্তিনি, পুরুষনা ঐগী অংশনি অমসুং কাল-না ঐনা পুথোকপা থবক্তি ( চেষ্টা ), মরম অসিনা অহুম অসিমক থাঙ্গেনেংবদি ঐনি।

মতৌ অসুম তৌহনা প্রকৃতিন জগৎকী মচাক ওইবা মরম্না ঐনা জগৎকী মচাক ওই। তৌইগুম্বসুং প্রকৃতিন মওং অমা নাইবা মতমদদি ঐদি এওং অহু নাইদে ( ওইকদে );

## গৌর-কৃপা টীকা

তারবদি ব্রহ্মাদি মওং হোংদবা—অয়েপ্পা পোং হোংদোক-হোংজিন নাইদবা পোংনি ( শক্রোন পুথোকপা যাদবা পোংনি ), অদুনা পরিণামবাদ ( শক্রোন পুথোকপা ) কী রা য়াকয়বদি ব্রহ্মগী মওং হোংদে ( মশক হোংদোক-হোংজিল তৌদে ) হাঙ্গয়বা অসি য়ায়রোই; মরম অদুনা পরিণামবাদপু ( শক্রোন পুথোকপবু ) চুমদে হায়না হাঙ্গকম থোকই খন্দুনা শঙ্করাচার্যনা লেপ্পনি ( হাঙ্গবনি ) ।

অসি হাঙ্গদুনা—শক্রোন পুথোকপগী য়াবু যাকয়বদি ব্রহ্মাদি ওং লৈবা পোংবন হায়না লৌগ্নগনি, অসুম্না হাঙ্গদুনা । বিবর্ত্তবাদ—অয়ানবা, ওন্ন-তনব রা । থৌয়াবু লিম্নী হায়না লায়া খনবা, কোঙ্গেংবু লুপানি হায়না লায়া খল্লুবা, অদুংমদুনা ব্রহ্মাদা জগৎনি হায়না লায়া নীংলুবনি । মিৎনা উরিবা জগৎ গসিদা ঐথোঙ্গগী অনাবা সুংভাইবা অপাম্বা পোং যায়া লৈ হাঙ্গদুনা ঐথোঙ্গনা পুক্লিংদা খল্লুবসি অয়ানবনি । করিগুম্বা পোং অমবু ঐথোঙ্গনা শেরায়না পুক্লি দা খল্লুরিবসি, পোং অদুগী মরী-মথোং জ্ঞান চুম্না খঙলবদি অবানবা য়াথন অদু কোকদবনি, থৌয়ী অদুবু চুম্না থাঙ্গশেংবা থৌয়ীনি হাঙ্গবা খঙলম্লবদি লিম্নী হায়না লায় হাঙ্গবয়োইদবনি, কোঙ্গেং অদু থাঙ্গশেংবা কোঙ্গেংনি হাঙ্গবা খঙলম্লবদি লুপানি হায়না লায়া হাঙ্গয়োই । মসিগুমদুনা ব্রহ্মবু থাঙ্গশেংবা ব্রহ্মনি হায়না খঙবা ওয়বদি শেরায়না জগৎনি হাঙ্গবয়োই—মতম অদুদা খঙবা ওয়মগনি ( ভাব তাবা য়াই ) ব্রহ্ম মতুনা কদাইদসু করিস্ত লৈতে । য়াতা অসুম হায়না খনবা মোং ( মত ) অসিবু বিবর্ত্তবাদ ( অর্থ অয়ানবা ) কৌই । বিবর্ত্তগী অর্থদি অয়ানবা, চুমদবা হাঙ্গবনি ।

অসি হায়দুনা বিবর্ত্তবাদ-নচিংবা—শঙ্করাচার্য্যনা হাঙ্গরি "পরিণামবাদকী য়া লৌয়বদি ( শক্রোন পুথোকপগী য়া যাকয়বদি ) মশক-মওং লৈতবা ব্রহ্মবু মূর্ত্তি মশক লৈ হায়না য়াবা তারে ; অদুনা শক্রোন পুথোকপগী য়া অসি লৌকম থোক্তে । বিবর্ত্তবাদ-তা ব্রহ্মবু মওং লৈ হায়না প্রমাণ তৌকম থোক্তে, অদুনা বিবর্ত্তবাদপু দি লৌকম থোকই । হাঙ্গবদি জগৎ অসি ব্রহ্মনা ওনবা নাত্তে—শেরায়না ব্রহ্মদা থৈজিন্নবনি ।' শঙ্করাচার্য্যনা অসুম হায়না মোং অমা পুথোরক্রে ।

শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা বিবর্ত্তবাদগী য়া হোদোকয়ক্রিবা অসি কোঙ্গেংবু লুপানি হাঙ্গবা অমসুং থৌয়ীবু লিম্নী হাঙ্গবা খূদম অনি অসিদা নন্দুনা হাঙ্গরি, করিগুম্বা শাস্ত্র শ্রুতিগী য়াহৈদা নত্তে, চপচাবা শ্রুতিগী প্রমাণ থাজংলমদে । খূদম অনি অসিদি মওং অমতগী চপমায়বা

## গৌর-কৃপা টীকা

খুদমি। কোঙ্গেংবু উরগা লুপা ওইরবোই নীংই হায়নসি ওইথোকপা রানি, থাঙ্গৈশেংবা মা নত্তে; থৌরী উরগা লিন ওইরবোই নীংই, লিন নীংশিংলকই হায়নসি ওইদবা রানি থাঙ্গৈশেংবা নত্তে। অহানবদা লুপা উরহুনা মশক থঙহুনা লুপাগা অরংবা অহু পুক্কিংদা কাউদে; মহাক্কা কোঙ্গেং উরগা, কোঙ্গেংগী অরংবা অহু মহাক্কী মপুক্কিংদা লুপানি হাঙ্গৈনা শেন্নাম্লনা থনবা য়াই। অহুগুমহুনা অহানবদা লিন উরুরগা থৌরী উরুবদা মহাক্কী মপুক্কিংদা মওং মাইয়ে হাঙ্গৈনা শেন্নাম্লনা থনবা য়াই। থৌরী উরগা লিনগী রাথন পোক্লিবা অসি, মহাক্কী জ্ঞান অহু অজ্ঞানবা জ্ঞানি. কোঙ্গেং উরগা লুপাগী জ্ঞান পোক্লক্লিবা অসিমু অবানবা জ্ঞানি। খুদম অনি অসিগী মতুংদা খুদম অমতম্ভু ব্রহ্মাগা জগৎকা মরী লৈনরিবা তসিগা চুনদে।

জগৎকা ব্রহ্মাগা লৈনরিবা মরী অসিদি কার্য্য-কারণ-সম্বন্ধনি ব্রহ্মনা জগৎকী কারণ-নি - নিমিত্ত কারণ-নি ( মপানি ) অমসুং উপাদান-কারণ-নি (মচাক্নি); জগৎ অসি ব্রহ্মাগী থবক্নি। মসি শ্রুতি-স্মৃতিদা হাঙ্গৈরিবনি। "জন্মাদ্যস্য যত." নিংবা ব্রহ্ম-সূত্রদা, "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে যেন জাতানি জীবন্তি যৎ প্রযন্ত্যাভিস বিশন্তি তদব্রহ্ম তদবিজিজ্ঞাসস্ব" অসিনচিংবা তৈত্তিরীয়গী রাহৈদা, "এষ: সর্ব্বেশ্বর: এষ সর্বজ্ঞ: এস অন্তর্য্যামী এষ যোনি: সর্বস্য প্রভবাপায়ৌ হি ভূতানাম — অসিনচিংবা মাণ্ডুক্যোপনিষদকী রাহৈদা অমসুং মতৌ অসুম্না শ্রুতিগী রাহৈদা য়াম্না য়াম্না শেংনা উংলি। তৌইগু শ্রী শ্রীপাদ সঙ্করগী কোঙ্গেংবু লুপানি হাঙ্গৈবা নত্রগা থৌরীবু লিনি হাঙ্গৈবা খুদম অসিগদি করিম্ মরী থাংনদরে। কোঙ্গেংদগী লুপা পোকপা নত্তে, থৌরীদগী লিন পোক্তে। কোঙ্গেংগা লুপাগা অমদি থৌরীগা লিনগা করিম্ মরী অমত লৈনদে। তৌইগুমসু ব্রহ্মাগ জগৎকি সম্বন্ধ য়া নত্তে। ব্রহ্মদগী জগৎ পোকই, ব্রহ্মদা জগৎ লৈ। মং নত্তনা কি ওইবা য়াদে, অহুগুমহুনা ব্রহ্ম নত্তন জগৎসু পোকপা য়াদ। থবক্তগী কারণ (মপা, কর্ত্তা), পাবণদ থবক তোঙ্খাল্লা-লৈত্তে। লৈবাকী মশক ওইবা কারণ-দগী থোটকী মশক ওইবা থবক পোক্ত হাঙ্গৈরসি শ্রীপাদ শঙ্করসু য়াবনি। অহুগা মহাক্কা চমুক কোঙ্গেং লুপাদা খুনম পীহুনা ব্রহ্মগা জগৎকা মরী লৈনবগী মরম থঙহনবা পাম্লিবা অসি মাং মরম্মাই পাওজবনি হাঙ্গৈনা নীংই, শ্রুতিদা য়াওদে।

"বিবর্তবাদকী রা মরমদনি বেদ-বেদান্ত উপনিষদলচিংবদা সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় ( জগৎ শেম্বা-লৈহনবা-মাংহনবা ) সম্বন্ধগী মরকইরবা পুম্নমক অসি চুমদবনি হাঙ্গৈনা নীংহৌ তারে;

বস্তুত পরিণামবাদ—সেই ত প্রমাণ।
'দেহে আত্মবুদ্ধি' এই বিবর্ত্তের স্থান॥ ১১৬

অর্থ :—

পরিণামবাদ-না থাজেশেংবা অচুম্বা কৌই।
'হকচাংবু ঐনি থনবসি' বিবর্ত্তবাদ কৌই॥ ১১৬

---

## গৌর-কৃপা টীকা

করি অমুক হাঙ্গনি কর্ম্ম তৌরিবা অমসুং সাধন-ভজনচিংবগী মরমদা হাঙ্গরিবা পাওতাক পূর্ণমক অসিসু অচুম্বনি হায়না নীংবা য়ারয়োই। মিনবা অমদি অয়ানবদা থাজহুনা তৌরবা থবক অহুনী কাম্বা কদাইদা লৈবগে? তৌইগুমসুং পরিণাম-বাদ য়ারবদি শাস্ত্র পূর্ণমকী য়া ওাককম থোকই অমসুং বৈদিক কর্ম্ম লিংথংপা অমদি সাধন-ভজনচিংবগী মরমদা শাস্ত্রনা তাক্লিবা য়াহে পূর্ণমক ওাকপা তারে।

১১৬। পরিণামবাদ (শক্তোন পুথোকপা) অমসুং বিবর্ত্তবাদ (অর্থ লাম্না লৌবা) গী মরমদা প্রভুনা য়ায়েপ (মীমাংসা) অমা তারি, পয়ার ১১৬-১২০ দা। ইবুংঙো মহাপ্রভুনা তাকপিরি, "শক্তোন পুথোকপগী অর্থ অসিনা ব্রহ্মসূত্রগী মর ওইবা অর্থনি; মরম অদুনা মাদুনা প্রমাণ অচুম্বনি। ব্রহ্মগী অঙকপা শক্তিনা জগৎ ওইনা অরুবু (শক্তোন পুথোক্লবসু) হায়গী মওং লৈতবগী ফিবমদা লৈবা ঙম্মী; মরম অসিনা শক্তোন পুথোক্লিবা অসি ব্রহ্মগী মশক্তি হায়না প্রমাণ পীবদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে—অদুনা সূত্রগী মর ওইবা অর্থগসু চংনরে; মরম অদুনা মর ওইবা অর্থ থাদোক্লুনা মপানগী অর্থ তৌরবগী করিসু কাম্বা লৈতে। ব্রহ্ম-শব্দগী মপানগী অর্থ তৌরদুনা শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মগী শক্তি ইতাউ-চাউনা লৈবা অদু য়াথিদরে; শক্তি লৈ হায়বা য়াদবা অদুনা ব্রহ্মগী অঙকপা শক্তিনা জগৎ ওইনা শক্তোন পুথোক্লবসু নিরাকার (মওং লৈতবা) ওইনা লৈবা ঙম্মী, হায়বসি মহাপ্রভুনা য়াবা ঙমদে; মরম অদুনা মর ওইবা অর্থ থাদোক্লুনা মপানগী অর্থ তৌগ্রিবনি। মর ওইবা অর্থ তৌকম থোক্লা-থোক্লা মপানগী অর্থ লৌই হায়দুনা মহাকী মপানগী অর্থ অদু চংনদ্রে।" মথকী পয়ার ১১৪/১১৫গী টীকাদা য়েংবিয়ু।

পরিণামবাদ কী য়ানা য়ানা শাস্ত্রদা চংনরবদি করি মরমগী শাস্ত্রদা চংনবা বিবর্ত্তবাদকী য়াবু শাস্ত্রদা উবা ফংলিবনো? পাওথুমদা হায়জরি, "হকচাংবু আত্মানি (ঐনি) হায়না থাজবনি" অসিনসিংবা। হকচাংবু ঐনি হায়না থনবসি—ঐ অমবা হকচাংদা ঐনি হায়জিনবা (আত্মা নত্তবা হকচাংদা আত্মানি থজবা)।

অবিচিন্ত্যশক্তি যুক্ত শ্রীভগবান।
ইচ্ছায় জগত-রূপে পায় পরিণাম॥ ১১৭

অর্থ :—

শ্রীভগবান্দি বাথন মরৈনা থঙদবনি।
নীংলকপদা জগৎগী মশক ওইরিবনি॥ ১১৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

হকচাং অসিদি আত্মা (থবাই) নত্তবা পোংনি, অরেমা লৈত্তবা, শিবা নাইবা পোংনি; অয়াবা সাধারণ জীব-না আত্মা নত্তবা হকচাং অসিবু আত্মানি=(জীবাত্মানি) হায়বা নীংই—হকচাংনা অয়াবা মুংঙাইবা কংববু জীবাত্মানা অয়াবা মুংঙাইবা কংই হায়না নীংই। মায়াগী মহুৎনা লৈরিবা জীব ঐখোয়না নীংই—ঐগী হকচাং অসিমক ঐনি; হকচাংগী করিগুম্বা মকম অমদা নাবগা ঐনা নীংই ঐহাক নায়ে; তৌইগুম্বনুং হকচাংদি ঐহাক নত্তে; হকচাংদি হোংদোকপা য়াবা, অরেমা লৈত্তবা পোকপা-শিবা নাইবি; তৌইগুম্বনুং ঐগী মশক্তি (হৌকম মরূদি)—জীবাত্মা কৌবত্ ঐনি—মহাক্তি অমুক মরোং ভাবা লৈত্রে, হেনগৎপা লৈত্রে, অরেম্বা ওইদুনা লৈরবনি। মাত্রবু ঐখোয়না খঙবা লৈত্রে হায়দুনা ঐখোয়না হকচাংবু "ঐনি" হায়না নীংই; মত্তৌ অসুম তৌদুনা হকচাংনা অয়া-অনা-মুংঙাইবনচিংবা ফংববু ঐনা ফংবনি হায়না নীংদুনা ওমথৈ লৈত্তনা অয়াবা থাঙনরি, মায়াগী লাংদা থুদুনা হেন্না হেন্না অয়াবা ফংনরি; মায়াগী লাংদগী-কোয়বগী (মাহোয়বগী) দগী ঈশ্বরগী চরণ চংজগে হায়না হোংনদে। মত্তৌ অসুম তৌদুনা ঐ (আত্মা) নত্তবা হকচাংবু ঐনি (আত্মানি) হায়না থম্মুনা লৈবা অসি থাজৈশোনবা ঐখোয়না লানবমরি—আত্মা নত্তবা হকচাংদা আত্মানি থনবা অসি—বিবর্ত (ওয়-তৈনবা, চুমবা) কৌই। মায়াগী মহুৎনা লৈরিবা জীবশিংনা লশোইবা পায়কবগীদমক শাস্ত্রকারশিংনা অসুম ওইবা হকচাং অসিদা ঐনি হায়বা অয়ানবা বাৎহৈ শিজিন্নখবে।

১১৭-২০। ঈশ্বরনা জগৎ ওনথ্রবদু মপু ওইদুনা লৈ হায়বদু উহনজরি। বাথমা লীথা ফংদনা ঈশ্বরগী শক্তিনা মহাক্না জগৎ ওনথ্রবদু মহৌশাগুম্না কিবম মশক ইহোং-হেংংদনা লৈবা ভমী।

তথাপি অচিন্ত্যশক্ত্যে হয় অবিকারী ।
প্রাকৃত চিন্তামণি তাহে দৃষ্টান্ত যে ধরি । ১১৮
নানা রত্নরাশি হয় চিন্তামণি হৈতে ।
তথাপিহ মণি রহে স্বরূপ অবিকৃতে ॥ ১১৯
প্রাকৃত বস্তুতে যদি অচিন্ত্যশক্তি হয় ।
ঈশ্বরের অচিন্ত্যশক্তি ইথে কি বিস্ময় ॥ ১২০

অর্থ :

অহুম-ওইনমক মশক নাইহে অওকপা শক্তিনা ।
খুদম ওইনা উৎলি অচম্বা চিন্তামণিনা ॥ ১১৮
রত্ন মপে মপে থোকই চিন্তামণিদগী ।
মাহুদা মণি অহু মশক হোংদে হায়দগী ॥ ১১৯
লৈরবদি, অচম্বা পোত্তা অওকপা শক্তি ।
ওইগনি, ওকঅম লৈত্তে ঈশ্বরগী অওকপা শক্তি ॥ ১২০

গৌর-কৃপা-টীকা

ঐখোয়না খঙবা য়াবা জগৎকী মহুংদা লৈরিবা পোৎ মখোদি খঙদবা লৈবগা খঙবা ওমী ; মায়াজগংকী মহুং চম্বা অপ্রাকৃত জগৎকী মরমদদি ঐখোয়না করিগুম্বা অমত্তা খঙবা লৈত্তে , মরমদি জগৎ অনি অসিগী মশক্তি তোঙান-তোঙানববনি । মিংনা ঊরিবা অচম্বা ( প্রাকৃত ) জগং অসিগী রাংমদা লৈত্রবা চমত্রবা ( অপ্রাকৃত ) জগৎ অদুগী রারীদি ঃরৈয়েংতুনা থিবদা ( তর্কযুক্তিনা ) খঙবা ওমদে, রাখল্লা লাম্বা কংদে অওকপনি । ব্রহ্মসূত্র । ২ । ১ । ৬

ঈশ্বরগী শক্তি অসিদি রাখল্লা লাম্বা ফংবা নত্তে হায়বদি মরৈয়েংতুনা থিবা কংদে," মরৈগী রাংমদ লৈবনি , শক্তি অসিগী মগুম্বা জগৎ ওইনা ওমবহু ( জগৎ পুত্তোম্রবহু ) ঈশ্বরগী হকচাং অহু ইলেঙ-লেঙদনা ইকাঙ-কাঙদনা লৈবা ওমী । অচম্বা ( প্রাকৃত ) জগৎ অসিদা ঐখোয়না উবা ফংই—শঙ্গোম অনৌবা অহুনা শঙ্গোম অকবা ওম্রবদি হায়গী মশক অহু হোংদোকত্রে -হোংদোক্তনা লৈবা ওমদে , তোইগুমদুং ঈশ্বরগী মরমদদি মত্তৌ অহুম্বা পাদে—জগৎ পনগ্রস্ত মহাক্তি মশক লোংদনা হোংদনা লৈ , মাসি ইবুংঙো মহাক্কী মথমদা ঐখোযগী রাখ লাম্বা ফংদবা অওকপা শক্তিগী খুদম অমনি । মহাক্কী

প্রণব সে মহাবাক্য বেদের নিদান।
ঈশ্বর স্বরূপ প্রণব সর্ব্ব বিশ্বধাম ॥ ১২১

অর্থ :—

প্রণব্'সি মহাবাক্যনি বেদগী থোককনি।
প্রণব্'তি ঈশ্বরগী মশাক্তি-জগৎকী ফুংকনি ॥ ১২১

---

## গৌর-কৃপা টীকা

শক্তিগী মরমদা মরৈ য়েংফুনা থিবদা থিকম থওদে। মচাক্লা নীংলকপদা জগৎ শেম্বা ভুম্মী, কন্নাগুম্বা অমনা হাঙজহুনা শেম্বা নত্তে, করিগুম্বা থবক অনগী মথা পোনবা নত্তে। মসিস্না মহাক্কী লীলা অমনি। অহুম ওইনমক—জগৎ ওইনা ওল্লবস্ত, মরম অহুনা মশক অমা লৈবগী মরম ফোং-ফোংশানা লৈরবনু। জগৎ ওইনা ওল্লবস্তু মহাক্তি মশক-মওং নাইদনা লৈবা ভুম্মী, প্রাকৃত চিন্তামণিনা পুরম ওইহনা ভাক্লি।

চিন্তামণি - মণি মথল অমনি; মাত্তোন্দগী মথল-মথা অয়'ম্বা ময়াথোকই; অহুম ওইনমক মহাক্তি করিগুম্বা মওং অমতা হোংদোক্তে—হায়গী মওং ফিবম অহুম্না অহুম্মক লৈ, এম্ম পোক্লবগী মতুংদম্ব মহৌশাঙ্গা অহুম মরৈ।

অচম্বা পোত্তা নচিংবা—অচম্বা পোৎকী মশক ওইবা চিন্তামণিগী মওঙ্গা অম্পূক য়াম্না লৈবা ( মথল-মথা অয়াম্বা মস্ত পোক্লবস্তু মশক ওম্থোকপা লৈতনা লৈবা ভুম্মী ), ফিদম অসিদ অচম্বা নত্রগা চিন্ময় বস্তু ঈশ্বরগী অত্তকপা শক্তিনা ঈশ্বর মশানা শকফম হাঙ্গ-কাঙ্গইহন্দনা জগৎ ওন্দুনা লৈবা ভুম্মী' বা অসিদা করি ভুকফম লৈবগে? ৫থকী পয়ার ১১৪ টীকাদা য়েংবিয়ু।

১২১। হৌজিক মহাবাক্যগী মরমদা থম্বা ভাম্নে। শঙ্করাচার্য্যনা হাঙ্গিরি "তত্ত্বম'সি" না—মহাবাক্যনি, প্রভুনা মাহু কক্থৎহুনা, প্রণব্'না মহাবাক্যনি হাঙ্গিরি, পয়ার ১২১ - ১২৫দ

মহাবাক্য—অরাংবা 'য়াহৈ; ত্ত'; শীংথাবা য়াশা মরম পূর্ণমক লৈবা য়াহৈ -হুবু মহাবাক্য কৌই। বাক্যোচ্চয়ো মহাবাক্যম। মাহুদি, "রামায়ণ" হাঙ্গিরগ ঐথোয়না পোং অনবু খওনরি, পোং অহুগী মগুংদা শ্রীরামচন্দ্রগী তম্ব অমগুং লীলানচিংব থওফম থোকপ' মরম পূর্ণমক -তুনা য়াওরি; মত্তো অসুম চৌহুনা শ্রীরামচন্দ্রগী মরমদা শী'খাবা য়াবা মরম পূর্ণমক অহ্ন রামায়ণ অসিনা লৈ হাঙ্গহুনা "রামায়ণ" অসি শ্রীরামচন্দ্রগী

## গৌর-কৃপা-টীকা

মরমদা মহাবাক্যনি। মত্তৌ অদুম তৌদ্রনা "মহাভারত" অসি কুরুপাণ্ডবশিংগী মরমদা—মহাবাক্য অমনি। তৌইগুমদুং রামায়ণ, মহাভারত-নচিংবদি অথমবা মহাবাক্যনি। পয়ার অসিদা উৎলিবা ভাবতি প্রাকৃত জগৎ অমসুং অপ্রাকৃত জগৎ, অনি অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু অদুম ওইবা মহাবাক্য অদুগী মচুং চনবগী মানি। পুম্নমকপু মচুংচনবা মহাবাক্যদি করিনো হাঈবদা প্রণবনি হাঈনা শ্রীজীব গোস্বামীনা উৎলি (প্রণব্ – ওঙ্কারবু প্রণব্ কৌই)।

শ্রুতিনা হাঈরি—প্রণব হাঈবসি ব্রহ্মনি। "ঐতদ বৈ সত্যকাম পরঞ্চ অপরঞ্চ ব্রহ্ম যদ ওঙ্কারঃ॥ প্রশ্নোপনিষৎ॥ ৫। ২॥—হে সত্যকাম ওঙ্কার অসি পরব্রহ্মনি অমসুং অতোপ্পা—ব্রহ্মনি।" তৈত্তিরীয়-উপনিষৎ-না হাঈরি—"ওম ইতি ব্রহ্ম। ওম্ ইতি ইদং সর্ব্বম॥ ১। ৮। ওঙ্কারনা ব্রহ্মনি। মিৎনা উরিবা জগৎসু ওঙ্কারনি।" মাণ্ডুক্য-উপনিষৎনসু হাঈরি "ওম্ ইত্যেতদ অক্ষরম ইদম্ সর্ব্বম্ তস্য উপব্যাখ্যানম। ভূতম্ ভবদ্ ভবিষ্যদ্ ইতি সর্ব্বম্ ওঙ্কার এব। যচ্চ অন্যৎ ত্রিকালাতীতম তদপি ওঙ্কার এব। সর্ব্বম হি এতদ ব্রহ্ম অয়ম আত্মা ব্রহ্ম। এষ সর্ব্বেশ্বরঃ এষ সর্ব্বজ্ঞঃ এষ অন্তর্য্যামী এষ যোনিঃ সর্ব্বস্য প্রভবাপ্যয়ৌ হি ভূতানাম। ওঙ্কারনা ঈশ্বরনি (অক্ষরনি)। ভূত (লোপ্লবা), ভবিষ্যৎ (ওইরকলোম্লিবা) অমসুং বর্ত্তমান (লৌজিক ওইরিবা) মতম অহুম অসিগী মচুংদা লৈরিবা মিৎনা উরিবা জগৎ অসি ওঙ্কার অসিমক্তি, ওঙ্কারদগী থোকপনি; অমসুং মতম অহুম অসিগী ব য়েদা লৈরিবা অদুসু ব্রহ্মনি। পুম্নমক অসি ব্রহ্মনি। মহাক্তি সর্ব্বেশ্বরনি পুম্নমক খঙবনি, সর্ব্বান্তর্য্যামীনি, সর্ব্ব যোনি-নি, ভূত পুম্নমকী পোকপা—লৈবা—মাঙবা ওইনবগী মরম ওইবা ভূতনি।" উক্তি পুম্নমক্তগী খঙবা ওয়ী—উরিবা জগৎ অসি ওঙ্কারনি অমসুং ওঙ্কারদগী পোকপনি, ওঙ্কারদগী জগৎনা লৈবা অমসুং মাঙবা ওইরিবনি। জগৎ অসিগী মাংমদা লৈরিবা পুম্নক অদুসু ওঙ্কার অসিনি। ওঙ্কারনা মপা পুম্নমক্তী মপানি, ওঙ্কারনা সর্ব্বেশ্বরনি, পুম্নমক খঙবনি, সর্ব্ব-অন্তর্য্যামীনি। ওঙ্কার মতবা মকম কদাইদসু করিসু অমতা লৈতে, ওঙ্কারনা পুম্নমকী চৎজকম ওই, মকম থুনিংদা শিন্নৰো লৈ। করিগুম্বা অমা উবা-ভাবা মকম পুম্নমক্তা ওঙ্কারনা শিন্নৰো লৈ। ওঙ্কারনা মপা পুম্নমকী মপানি।

বেদ পুম্নমক্তা অমসুং সাধন পুম্নমক্তা মিৎয়েং ওইরিবা অসি ওঙ্কারমনি, মাসি শ্রুতিনসু হাঈরি। "সর্ব্বে বেদা যৎপদমামনন্তি, তপাংসি সর্ব্বাণি চ যদবদন্তি। যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং

সর্ব্বাশ্রয় ঈশ্বরের প্রণব উদ্দেশ।
"তত্ত্বমসি" বাক্য হয় বেদের একদেশ ॥ ১২২

অর্থ :

প্রণবনা পুম্নমকী চংজকপ ঈশ্বরবু তাক্লই।
"তত্ত্বমসি" হায়বদি বেদকী লোন কৌই ॥ ১২২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

চক্ষি তত্তে পদং সংগ্রহেণ ব্রবীমি ওমিত্যেতৎ ॥ কঠোপনিষদতা যম-না নচিকেতাদা হায়রম্বী ॥"

বেদ-বেদান্ত—উপনিষৎ—পুরাণ ইতিহাসনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমকী মরু ওইবা মরম অসি ওঙ্কার নত্রগা ব্রহ্মনি।

শাস্ত্র পুম্নমক অসি প্রণব নত্রগা ব্রহ্মদগী পোক্লকপনি হায়বসিগী শ্রুতিনা হায়রম্মী। "অস্য মহতো ভূতস্য নিঃশ্বসিতমেতৎ যদ ঋগ্বেদঃ যজুর্ব্বেদঃ সামবেদঃ অথর্ব্বাঙ্গিরস ইতিহাসঃ পুরাণম্। মৈত্রেয়ী উপনিষৎ। ৬। ৩২॥" বেদ মরি, ইতিহাস, পুরাণচিংবা অসি ওঙ্কার নত্রগা ব্রহ্মদগী থোরকপনি হায়বসি ওঙ্কারনা ফোংদোকই, শাস্ত্র পুম্নমক অসি ওঙ্কারদা য়াম্না কুপ্না চংহনা লৈ হায়বসিগী মথকী উপনিষৎকী হায়বদগী থংগৎ ওম্মী। শাস্ত্র পুম্নমকী অপুনবা হায়বু ওঙ্কার কৌই। মরম অদুনা ওঙ্কারমক্তা মহাবাক্য ওই। (অমাংবা হায়বনি)।

প্রণবতি ঈশ্বরগী মশক্লি—প্রণবতি ঈশ্বরগী নত্রগা পরব্রহ্মগী মশক অমনি। "এতদ্বৈ সত্যকাম পরঞ্চাপরঞ্চ ব্রহ্ম যদোঙ্কারঃ।—হে সত্যকাম। ওঁকারনি হায়বনা খঙনরিবা অসি পরব্রহ্মনি অমসুং অতোপ্পা ব্রহ্মগী মশক্লি। প্রশ্নোপনিষৎ। ৫। ২॥" "শাস্ত্র যোনিত্বাৎ। ব্রহ্মসূত্র। ১। ৩।" বেদান্ত সূত্র অসিগী মতুংইন্না ব্রহ্মনা বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমকী থোরকফম ওইবনা অমসুং প্রণব-না ব্রহ্মগী মশক ওইবন প্রণবসু বেদ-নচিংবা শাস্ত্রগী থোরকফম্লি, হায়কপ থোক্লে।

জগৎকী ভূংফম্লি—প্রণব অসি ঈশ্বরগী মশক অমা ওইবা মরম্না অমসুং ঈশ্বরদি জগৎ পুম্নমকী ভূংফম নত্রগা চংজকপ ওইবনা প্রণবসু জগৎ পুম্নমকী ভূংফম নত্রগা চংজকপ ওইবনা প্রণবসু জগৎ পুম্নমকী চংজকফম্লি (ভূংফম্লি)

১২২। প্রণব অসি বেদকী থোকফম ওইবনা বেদ-না য়াম্না কুপ্না, পিকশিন্দুনা প্রণবগী মতুংদা লৈ। ঈশ্বরদা চংজবা নত্রগা ঈশ্বরগা তিন্না, পরুপা পোং হায়বা প্রণব-না ঐই।

প্রণব মহাবাক্য তাহা করি আচ্ছাদন।
মহাবাক্যে করি তত্ত্বমসির স্থাপন। ১২৩

অর্থ :—

প্রণব মহাবাক্য অসিবু কুপশিনখরে।
তত্ত্বমসিবু মহাবাক্যনি হায়খরে॥ ১২৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

বেদ-নচিংবা শাস্ত্র পুম্মক, পরব্রহ্ম অমসুং জগৎ পুম্মক অমসুং জগৎকী মমুংদা লৈরিবা পোৎ পুম্মকপু প্রণব-না উবা মরম্না—পুম্মক অসি প্রণবকী মমুংদা লৈবা মরম্না—প্রণব অসি মহাবাক্যনি, ব্রহ্মদি বিদ্দুগী (লাইগী) মশক—ব্রহ্মগী মতৌঙ্গা প্রণবসু বিদুনি (লাইনি) অমদি খাইদগী হেন্না য়াংবা নত্রগা চাউবা য়াহৈনি—মহাবাক্যনি, জগৎ অসিদা লরিবা য়াহৈ মখৈ বেদগী থোয়ককম ওইবা-প্রণবগী মমুংচল্লী।

শঙ্করাচার্য্যনা হায়রি "তত্ত্বমসি" না মহাবাক্যনি। "স আত্মা 'তত্ত্বমসি' শেতকেতে অসি-নচিংবা। ৬। ১৪। ৩॥" বেদ পুম্মকী মমুংচনবা বেদ অমগী মখিদি সামবেদ কৌই, অহুম ওইবা সামবেদগী মনুংচনবা উপনিষৎ পুম্মকী মমুংদা উপনিষৎ অমগী ম'মংদি ছান্দোগ্য উপনিষৎ কৌই, অহুম ওইবা ছান্দোগ্য উপনিষৎকী য়াহৈ অমদি (লোন অমদি) তত্ত্বমসি-নি। বেদ পুম্মকী খোন-খোককমদি প্রণবনি, অদুগা বেদনা প্রণবগী খোঙ্গেল্লি, মরম অসিনা প্রণব অসি তত্ত্বমসিগীসু খোয়ককফম্রি অদুনা তত্ত্বমসি অসি প্রণবকী-পিক্লবা শরুক অমনি, মরম অসিনা তত্ত্বমসিনা কৈদোউঙেদসু প্রণবকী মহুৎসিন্দুনা মহাবাক্য ওইবা য়াদে।

তত্ত্বমসি তৎ (ব্রহ্ম অদুনা) ত্বম (নং, জীব) অসি (ওই), নং—অসি (জীব-অসি) ব্রহ্ম অদুন। শঙ্করাচার্য্যনা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়না অর্থ তৌই। তৌই-রবসু অমন মহাপ্রভুনা লম্বোইরবা মতমদা কেশব-ভারতীদা অতোপ্পা অমা ওইনা অর্থ তৌখি, মাত্তুদি অসিনি : তস্য-ত্বম—তত্ত্বম (ষষ্ঠীতৎ-পুরুষ সমাস), তত্ত্বমসি—তস্য (মহাকী-ব্রহ্ম অদুগী) ত্বম (নং জীব) অসি (ওই), নং (জীব) ব্রহ্মগী ওই—ব্রহ্মগী মনাই ওই। তৌরিবা অর্থ অসিনা ভক্তিমার্গ পান্নবগী অর্থনি। বেদগী লোন ওই, বেদগী মমুংচনবা য়াহৈ অমনি, অদুনা তত্ত্বমসি অসি বেদগী থোয়ককফম নত্তে; বেদগী থোয়ককফমদি প্রণবনি, বেদগী খোয়ককম ওইবা মরম্না বেদগী মমুংচনবা য়াহৈ (লোন) তত্ত্বমসি-গীসু থোয়ককফম্রি।

১২৩। প্রণব-না থাজেশোবা অদুবা মহাবাক্যনি; তৌইরবসুং শঙ্করাচার্য্যনা মহাবাক্য ওইবা প্রণব অসিবু কুপশিন্দুনা [illegible] মমুংদা লৈবা অসিকপা য়াহৈ "তত্ত্বমসিবু মহা-বাক্যনি" হায়রম, [illegible]।

সর্ব্ব বেদসূত্রে করে কৃষ্ণের অভিধান ।
মুখ্যবৃত্তি ছাড়ি কৈল লক্ষণা-ব্যাখ্যান ॥ ১২৪
স্বতঃপ্রমাণ বেদ প্রমাণ শিরোমণি ।
লক্ষণা করিলে স্বতঃ প্রমাণতা হানি ॥ ১২৫

অর্থ :

বেদ সূত্রদা কৃষ্ণবু মরুনি হাইরে ।
মরুবু ছন্দোকুনা মপানগী অর্থ তৌবয়ে ॥ ১২৪
বেদগী প্রমাণতি অরেমনি অখোইবনি ।
মপানগী অর্থনা অরেম্বু মাঙহনবনি । ১২৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

১২৪ । বেদ সূত্রদা—বেদ পুম্নমক্তা অমসুং বেদান্ত সূত্র পুম্নমক্তা । কৃষ্ণবু মরুনি হায়রে । শ্রীমদ ভগবদগীতা দা শ্রীকৃষ্ণনা হাইরম্মী - "বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যঃ—ঐবু বেদ পুম্নমক্তা খঙবনি । ১৫ । ১৫ ॥" ব্রহ্ম শব্দগী মরু ওইবা অর্থদা শ্রীকৃষ্ণবু খঙনৈ ; মথকী পয়ার ১০৬ কী টীকাদা য়েংবিয় ।

পয়ার অসিগী মা মচংদি অসিনিঃ- শঙ্করাচার্য্যনা মরু ওইবা অর্থদি তৌত্রহুনা মপানগী ওইবা অর্থ অহুনা সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌরে ; মহাক্না মরু ওইবা অর্থ সূত্রগী তৌরমবদি উবা ফংনি বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মরুনি হাইবা অহু ।

১২৫ । বেদগী প্রমাণতি অরেমনি বেদদি মশানা মশাগী প্রমাণ ওই, বেদগী প্রমাণতি অতোপ্পা কনিঙবা অমদা নত্রে, নত্রবসু য়াদে ; মরমদি, বেদদি মীনা শেম্বা নত্তে ; ব্রহ্ম মশাগী হুংশাক্তার ওইনা বেদ পুথোরক্পনি । "অস্য মহতো ভূতস্য নিশ্বসিতমেতদ্ যদ্ ঋগ্বেদঃ যজুর্ব্বেদঃ সামবেদঃ অথর্ব্বাঙ্গিরস ইতিহাসঃ পুরাণঞ্চ । মৈত্রেয়ী উপনিষৎ । ৬ । ৩২ ॥" মরম অহুনা বেদদি মশানা মশাগী প্রমাণ ওই, প্রমাণ পুম্নমকী মকোক অমথাইরিবনি । বেদগী করিগুম্বা মাহে অমা অচম্বা মীওইবা ঐখোয়না দৃষ্টি-তর্কনা খঙবা ঙম্লমদ্রবসু (অভাব ভাবা গুঞ্জবসু) মাকম থোকই, লাপ্লি হাইনা হাইফম থোক্কে । তর্কাপ্রতিষ্ঠানাৎ—২ । ১ । ২৭ ব্রহ্মসূত্রে অসিদসু মাহুনক হাইরি । বেদ-না অতোপপা প্রমাণগী মরুনি ; মরম অহুনা বেদ-পা লৌমংলমজ্রবা মায়মজ্রবা নিয়ম শথাপ অহু, অমুক লক্ষণা চৈনত্রে । মরম অসিদগী বেদ-না প্রমাণ পুম্নমক্তা অখোইবনি হাইরিবনি ।

এই মত প্রতিসূত্রে সহজার্থ ছাড়িয়া।
গৌণার্থ ব্যাখ্যা করে কল্পনা করিয়া॥ ১২৬
এই মত প্রতি সূত্রে কয়েন দূষণ।
শুনি চমৎকার হৈল সন্ন্যাসীরগণ॥ ১২৭
সকল সন্ন্যাসী কহে—শুনহ শ্রীপাদ।
তুমি যে খণ্ডিলে অর্থ, এ নহে বিবাদ॥ ১২৮
আচার্য্যকল্পিত অর্থ ইহা সভে জানি।
সম্প্রদায়-অনুরোধে তবু তাহা মানি॥ ১২৯

অর্থ:—

অন্নুমা সূত্র খুদিংদা অচুম্বা থাদোক্তুনা।
মপানগী ব্যাখ্যা তৌরে মশানা শাজিন্দুনা॥ ১২৬
মতৌ অসিদা সূত্র খুদিংবু কন্নহল্লে।
প্রভুগী ম্না তাবদা লম্বোইবশিংনা ঙকল্লে॥ ১২৭
তাবিয়ু ইবুংঙো—হাঙৈজে লম্বোইবা পুম্নমক্না।
চুমদবা নত্তে, কক্থৎলিবা অর্থসি নংনা॥ ১২৮
আচার্য্যনা শেম্বা অর্থনি ঐখোয় খঙবনি।
সম্প্রদায় ভিন্নবদগী মাহ্ন য়াব্বনি॥ ১২৯

## গৌর কৃপা টীকা

অতোপ-অতোম্বা শাস্ত্রগী কল্পিতম্বা অর্থ অমা অচুম্বা অর্থনি হায়না। প্রমাণ পীবা তারবদি বেদগী প্রমাণ পুখোরক্রবদি অচুম্বা ওইবা য়াদে। মপানগী অর্থনা—শঙ্করাচার্য্যনা বেদগী মক্ন ওইবা অর্থদি তোত্রহনুবা মপানগী অর্থ তৌহনা মহাক্না অনীং-অনীংবা অহুতা হাঙৈহনা বেদগী অয়েম্বা অর্থবু মাঙহল্লে হায়না শ্রীমন মহাপ্রভুনা হাঙৈরমী।

১২৬। অন্নুমা—শঙ্করাচার্য্যনা মক্ন ওইবা অর্থ থাদোক্তুনা মপানগী অর্থ তৌরে, মতৌ হুম্না। সূত্র-খুদিংদা—বেদান্তগী সূত্র খুদিংগী ব্যাখ্যাদা। অচুম্বা—মক্ন ওইবা; অয়েম্বা অর্থ।

১২৭। সূত্র খুদিংবু—বেদান্তগী সূত্র খুদিংগী ব্যাখ্যাবু। ঙকল্লে—মহাপ্রভুনা মচিন্না বেদান্ত-সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌবদা শঙ্করাচার্য্যনা তৌবা অহু লাক্নে হাঙৈহনা কক্থৎপা অহু তাবদা লম্বোইবশিংনা প্রভুগী-হৈশিংবা পণ্ডিত ওইবগী মতৌ অহু উবগা য়াম্না ঙকল্লে।

১২৮-২৯। মরম অহুনা লম্বোইবশিংনা য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোঙৈনবা প্রভুনা হায়রক্নই:- "শ্রীপাদ (ইবুংঙো)! শঙ্করাচার্য্যনা বেদান্ত-সূত্রগী অর্থ তৌবা অহু মপানগী অর্থ

মুখ্য অর্থ ব্যাখ্যা কর দেখি তোমার বল।
মুখ্যার্থ লাগাইল প্রভু সূত্র সকল॥ ১৩০

**অর্থ :—**

মরু ওইবা অর্থ তৌবিয়ো ভাবা পাঙজরে।
সূত্র পুম্নমক মরু ওইবা অর্থ ভাক্তা তৌরে॥ ১৩০

## গৌর-কৃপা-টীকা

ওইনা তৌরকপদা, নংনা চুমদে হাঙ্গনা ককথংপা অহুদা কৰিস্থ মরৈ-য়েংনীংঙাই মরম লৈতে। শঙ্করাচার্য্যগী অর্থ অদু মরু ওইবা অর্থ নত্তে, মহাক্না শেম-শাত্নুনা তৌবা অর্থনি, মাদু ঐখোয়ন্দু খঙবনি; অদুবু অয়ানবা অর্থ অদুদা ঐখোয়না য়াকমিবগী মরমদি ঐখোয়দু শঙ্করাচার্য্যগী সম্প্রদায়গী মনুং চনবনিনা সম্প্রদায়গী ব্যবহার ভাকপদা মহাকী ব্যাখ্যা অদু য়াকবনি।" সম্প্রদায়গী মরমদা খন্নবদি করিগুম্বা রাহে অমগী অর্থ চুম্না তৌবা য়াদরে, মিচং-মিথাই নাইদনা কনাগুম্বা অমনা হাঙ্গবা বা নত্রগা ললচং ব্যবহারস্থ লৌবা য়াদরে। কনাগুম্বা অমগী মপুক্কিংদা অচুম্বা অর্থ ফাওরকপা অদু মাগী সম্প্রদায় কিথদগী য়াহন্দু কোংদোকপা ঙমজদরে।

লম্বোইবা পুম্নমক অসিগী মমুংদা কনাগুম্বা য়াম্না লাইমিক-লাইও হৈবা লম্বোইবস্থ য়াওরম্মী। শ্রীপাদ শঙ্করগী ভাষ্যগী ব্যাখ্যাগী অয়ানবা অশোয়বস্থ মখোয়না খঙলম্মী। তৌইগুবসুং কৃষ্ণভক্তি ফংননবগী মরমদা সংসার থাদোক্নুনা লৈরবস্থ মশা-মশাগী সম্প্রদায়গী মর্য্যাদা ইকাইখুম্নবা ভাকপা, চংনবী ভাকপদা পুক্নিংচংবা অদুনা অকবা ওইনা লৌনরম্মী; মরম অদুদা মখোঙ্গনা অয়ানবা অশোয়বা অদুগী মরমদা করিগুম্বা বা অমত্তা কোংদোক্নদে। হৌজিক্তি প্রভুগী কৃপাদগী মখোয়গী থম্মোয় অদু মথক-মথা ওন্নবদা মখোঙ্গনা খঙজবা ওয়ে—সম্প্রদায়গী ইকাইখুম্নবা ভাকপদগী কৃষ্ণভক্তিগী ইকাইখুম্নবা (মর্য্যাদা) ভাকপনা হেন্না ফাবৈ; সম্প্রদায়গী মর্য্যাদা ভাক্নুবদা কৃষ্ণভক্তি চংহৌত্রবদি মশাবু মশানা লৌনম তৌবা অদু থাদোক্নুনা থমোই শেংনা বা হাঙ্গদোরক্রে।

১৩০। অসি ফাওবদা শঙ্করাচার্য্যনা মপানগী অথ অদু কক্নুনবগা মরমদা মরু ওইবা অর্থ অদবা থর অদু প্রভুনা কোংদোক্লক্রে। হৌজিক, লম্বোইবশিংনা বেদান্ত-সূত্রগী মরু ওইবা অর্থ অদু তৌবিনবগীদমক প্রভুদা হাঙ্গজরবদা ইবুংঙো মহাক্না সূত্র পুম্নমকী ব্যাখ্যা অদু তাহন্নে (টইন্নে), সূত্র পুম্নমকী মরু ওইবা অর্থ তৌবা য়াই, মপানগী অর্থ তৌরগা বেদগী মশাগী প্রমাণ অচুম্বা অদু ফজহন্দব, থীজনব হৌনদে। মথাগী পয়ার পুম্নমক্তা প্রভুনা ব্রহ্মসূত্রগী ব্যাখ্যা শম্নপা কোংদেক্নি

বৃহদ্বস্তু ব্রহ্ম কহি শ্রীভগবান্।
ষড়বিধ-ঐশ্বর্য্য-পূর্ণ পরতত্ত্ব-ধাম ॥ ১৩১

অর্থ :—

অচৌবা পোৎ ব্রহ্মবু শ্রীভগবান কৌই।
ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিনবা পরতত্ত্ব কৌই ॥ ১৩১

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৩১। ব্রহ্ম বাহৈগী অর্থ তৌরি। মথক্কী পয়ার ১০৬ কী টীকাদা য়েংবিয়ু। অচৌবা পোৎ-নচিংবা—বৃংহতি ( মহাক মশানা শিন্নবদগী চাউথোকপা ওয়ী ) বৃংহয়তি চ ( অমসুং মহাক্না অতোপ্পবুশু চাউথোকহনবা ওয়ী ) ইতি ব্রহ্ম। মতৌ অসুম্না ব্রহ্ম বাহৈগী মরু ওইবা অর্থ তৌরবদি উবা ফংই—খ্বাইদগী হেন্না চাউবা পোৎ অদু ব্রহ্ম কৌই; মাগী মশক, পাঙ্গল্দা শক্তি মশীংদা অমসুং শক্তি খুদিংগী থবক খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মহাক অদু ব্রহ্ম কৌই। বৃহত্বাদ বৃংহণত্বাচ্চ তদব্রহ্ম পরমং বিদুঃ। বিষ্ণু পুরাণ ১।১২। ৫৭॥ খ্বাইদগী হেন্না চাউবা ওইবনি হাঙ্গৈদুনা ব্রহ্ম অসি "শিশু নো লৈ পুম্নমক্কী সাক্ষীনি অথোইবা মশক্তি। ২।২৪।৫৬॥ আত্তত্বাচ্চ মাতৃত্বাদাত্মাহি পরমো হরি। শ্রীভা০ ১১।২।৪৫ শ্লোকী টীকা শ্রীধরস্বামী॥" শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়—বৃহত্বাৎ অতিশয়বত্ত্বাৎ বৃংহণত্বাৎ সর্ব্বাশ্রয়ত্বাৎ স্বরূপবিস্তারকত্বাৎ মাতৃত্বাৎ জগদ্যোনিত্বাৎ- মহাক য়াম্না চাউবা পোৎনি হাঙ্গৈদুনা, পুম্নমক্কী চংফমনি হাঙ্গৈদুনা, মশক শন্দোক্না পাক্না লৈ হাঙ্গৈদুনা অমসুং জগৎকী মমানি হাঙ্গৈদুনা ব্রহ্মনা পরমাত্মা ওই।" শ্রীমদ ভাগবতকী অঁহানবা শ্লোকী টীকাদা ব্রহ্ম শব্দগী ব্যাখ্যা তৌবদা শ্রীপাদ জীব-গোস্বামীনা হায়রি—"সর্ব্বত্র বৃহত্বগুণ-যোগেন হি ব্রহ্ম-শব্দঃ প্রবৃত্তঃ। বৃহত্বঞ্চ স্বরূপেণ গুণৈশ্চ যত্রানধিকাতিশয়ঃ সোহস্য মুখ্যার্থঃ। অনেন চ ভগবানেব বাভিহিতঃ। স চ স্বয়ং ভগবত্বেন শ্রীকৃষ্ণ এবেতি। তস্য থোরস্য সবিশেষত্বং মূর্ত্তিমত্বম। মফম খুদিংদা অচৌবা গুণ লৈ হাঙ্গৈদুনা ব্রহ্ম হায়রিবনি। মশক্তমু চাউই অমসুং গুণ পুম্নমক্তমু চাউই—মরম পুম্নমক্তা ব্রহ্মগা মান্নবা কনামু লৈতে, মাংখদমু ব্রহ্মগা মান্নবা কনামু লৈতে। মাসিনা ব্রহ্ম-বাহৈগী মরু ওইবা অর্থনি। মরু ওইবা অর্থ অসিনা ভগবানবু খঙনৈ; ভগবৎকী মরবদমু খ্বাইদগী হেন্না চাউই হায়দুনা ব্রহ্ম-বাহৈ অসি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খঙনৈ। মহাক্কি মূর্ত্তি লৈবনি।"

ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিনবা পয়ার ১০৬ টীকাদা য়েংবিয়ু। পরতত্ত্ব—খ্বাইদগী হেন্না চাউবা পোৎনি হাঙ্গৈদুনা ব্রহ্মনা পরতত্ত্ব ওই; খ্বাইদগী হেনবা তত্ত্বনি।

স্বরূপ ঐশ্বর্য্য তাঁর-নাহি মায়াগন্ধ।
সকল বেদের হয় ভগবান সে'সবন্ধ'॥ ১৩২

অর্থ :—

মাগী মশক ঐশ্বর্য্যদি মায়া পক্তবনি।
বেদ পূম্মকী মরুদি শ্রীভগবান্নি॥ ১৩২

## গৌর-কৃপা টীকা

করি কবিগুম্বা লাইরিক্তা পয়ার অসিগী মতুংদা (মথাদা) গোপাল—তাপনী-শ্রুতিগী শ্লোক অমা থেচ্চিনবা উই :—

সংপুণ্ডরীক নয়নং মেঘাভং বৈদ্যুতাম্বরম।
দ্বিভুজং মৌলিমালাঢ্যং বনমালিনমীশ্বরম॥

অর্থদি :—ইবুংঙো মহাকী মিত্তি কুগাইনা শাংপা থম্বান্দগী হেয়া নির্থিজবা, মচুনা (কুচুনা) অনৌবা নোংগী মচু ওইবা, মিকোংনা নোংথাংগী মতৌগুম্না সনামচু মামবা সর্নাকিংগে থোনবা, পাম্বোম অনি পানবা, লৈ পরেংনো য়েংশিনবা চূড়া থোনবা অমসুং লৈপরেং থোনবা, অত্থম ওইনা ঈশ্বর (শ্রীকৃষ্ণবু) থুরমজরি।

শ্লোক অসি মকম অসিদা থেচ্চিনবগী করিগুম্বা মরম লৈবা উবে; মরম অহুনা অয়াম্বা লাইরিক্তা শ্লোক অসি য়াওদে। লাইরিক অসিদা থেচ্চিল্লিবনা করি মরমগীনো হায়বদা—ব্রহ্ম-শব্দনা শ্রীভগবানবু থওনৈ হায়বা উৎননবগীদমক অমসুং ইবুংঙো মহাকী মশক মতৌ শিংথানবগীদমক মকম অসিদা শ্লোক অনি থেচ্চিনজরে।

১৩২। মশক ঐশ্বর্য্য—ইবুংঙো মহাকী মশকসু চিন্ময়নি, মহাকী ঐশ্বর্য্যসু চিন্ময়নি; মহাকী মশক চিদানন্দময় ওইবা (মুংঙাইদুনতা লৈবা) মরম্না মায়াগী মনম কাওবা পকে। মহাকী ঐশ্বর্য্যাদি মাগী চিচ্ছক্তিগী মওংনি; অহুনা মাদুসু মায়াগী মনম কাওবা লৈতে। অদ্বৈতবাদীশিংনা ভগবদ—বিগ্রহবু (ঈশ্বরগী হকচাংবু) মায়াগী মমুংচনবনি অমসুং ভগবানগী ঐশ্বর্য্য (ভোব-ভম্বা) শচিংববু মায়াগী মমুংচনবনি হায়ি; পয়ার অংখাই অসিনা অদ্বৈতবাদা-শিংগী বাস্তাং অহু কক্থৎলে। পয়ার ১০৮ গী টীকাদা য়েংবিয়ু।

শ্রীভগবান—মওং নাইবা ব্রহ্ম (সাকার ব্রহ্ম)। বেদ পূম্মকী-শাচিবা—বেদান্ত সূত্রগী বা-ভম্বু নত্তে, বেদ পূম্মক্না মক্ক ওইনা থম্নিবা বা-দি শ্রীভগবানগী মমথুনি হায়বদি সাকার ব্রহ্মবুনি—মাগী মশক্তি চিন্ময়নি, ঐশ্বর্য্যসু চিন্ময়নি অমসুং মহাক্তি মায়াগী বাংমদা লৈবা পোংনি।

তাঁরে নির্ব্বিশেষ কহি চিচ্ছক্তি না মানি।
অর্দ্ধ স্বরূপ না মানিলে পূর্ণতা হয় হানি॥ ১৩৩
ভগবান প্রাপ্তিহেতু যে করি উপায়।
শ্রবনাদি ভক্তি-কৃষ্ণ-প্রাপ্তির সহায়॥ ১৩৪

অর্থ :—

চিচ্ছক্তি থাজদতুনা মাবু মওং লৈতে হাঈ।
তংখাই অমা থাজত্রবদি চংখোন্দবা কৌই॥ ১৩৩
কৃষ্ণ ফংনবগী মথমদা উপায় থিনরি।
শ্রবনচিংবা ভক্তিনা ফংনবা পাম্বে ওইরি॥ ১৩৪

গৌর-কৃপা-টীকা

১৩৩। চিচ্ছক্তি থাজদতুনা—ব্রহ্মগী চিচ্ছক্তি লৈবা অদুবু থাজদতুনা। মাবু—বেদ পুরাণশা মওং মশক লৈ হাঈরিবা, ঐশ্বর্য্য ভরুপ্পা তিনবা ভগবাম্নি হায়রিবা অদুম ওইবা ব্রহ্ম অদুবু। বেদান্তগী রা-ভা নত্তনা বেদ পুরাণশা মহাকপু মূর্ত্তি-মওং লৈ অমসুং মহাকী চিচ্ছক্তি লৈ হাঈনন্ত হাঈরবদা, অদুম ওইবা ব্রহ্ম অদুগী চিচ্ছক্তি অদু থাজদতুনা শঙ্করাচার্য্যনা মওং লৈতে মশক লৈতে হাঈনা লৌরে।

শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা পামজবদি—ব্রহ্মগী মশক-মওং লৈতে হাঈবা অমিনি। ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হাঈবা য়াকুরবদি মংং লৈতে হাঈরুরিবা অমিগা চুনররোই হাঈনা থন্দুনা মহাক্না ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হাঈবা য়াংরমত্রে, তৌইগুম্বগুং শ্রুতিদদি তশেং-তশেংনা ব্রহ্মগী মশাগী শক্তি লৈ হাঈনা ইতুনা লৈ। "পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে স্বাভাবিকী জ্ঞান বলক্রিয়া চ। শ্বেতাশ্বতর।।" "এষ সর্ব্বেশ্বরঃ এষ সর্ব্বজ্ঞ এষ অন্তর্য্যামী এষ যোনিঃ সর্ব্বস্য প্রভবাপ্যয়ৌ কি ভূতানাম।" অমিনচিংবা কঠোপনিষদকী য়াহৈ অমসুং "জন্মাদ্যস্য যতঃ" নচিংবা বেদান্ত-সূত্রসু ব্রহ্মগী মওং মশক লৈ হাঈনা হাঈরি। শ্রুতিদা ব্রহ্মগী মশক-মওং লৈ হাঈবসি মশিং থীবা ভমদনা ইতুনা লৈ; তৌইগুম্বসুং শ্রীপাদ শঙ্করনা মওং লৈতে হাঈনা শব্দোক-নীংতুনা শ্রুতিগী য়াহৈ অদুবু অচুম্বা মত্তে হাঈতুনা মী মরামদা হাঈজিল্লী।

তংখাই অমা—তত্ত্ব তংখাই অমা, মশকা শক্তিগা পুল্লগা মপুং ফাবা ব্রহ্ম ওই। শঙ্করাচার্য্যাদি ব্রহ্মগী মশক অমিদা মন্নারে; মরম অতুনা ব্রহ্মতত্ত্বগী তংখাই অমতা (মশক্রমক) মন্নারে, অতোম্না তংখাই অমা শক্তিগী শঙ্কক অদুবুদি য়াদয়ে মাতুদা ব্রহ্ম অদুবু মপুং ফাহল্লে। ব্রহ্মবু শক্তি লৈতে হাঈববদি মপুং ফাবা তত্ত্ব নত্রগা পরতত্ত্ব হাঈবা য়াদরে।

১৩৪। বেদান্ত সূত্রগী মন্নওইবা অর্থদা ওটরবন্নু বেদ পুরাণকী ব্যাখ্যাদা ওইরবন্নু মফম থুদিংদা উবা ফংবিগনি সাধন-ভক্তিদনা থাদোকপা য়াত্রবা তৌকম থোকপনি (ভগবান

সেই সর্ব্ববেদের 'অভিধেয়' নাম।
সাধন-ভক্তি হৈতে হয় প্রেমের উদগম॥ ১৩৫

## অর্থ

শ্রবণ কীর্ত্তনবু বেদনা তৌকম থোকই হায়রি।
শ্রবণচিংবা সাধন—ভক্তিদগী প্রেম পোক্লরি॥ ১৩৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ফংনবগী মরমদা তৌকম থোকপনি) অমসুং প্রেমতবু পামফম থোকপা-মতাংশুবনি (পঞ্চম পুরুষার্থনি)।

অপাম্বা পোৎ ফংননবগীদমক থোকপগী বা অহু পয়ার ১৩৪ ১৪৫ দা হায়জরি।

কৃষ্ণ ফংননবগী মরমদা—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজনবু কৃষ্ণ ফংবা কৌই। শ্রবণচিংবা-ভক্তি—শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা সাধনভক্তি মখল মাপল। ফংনবা পাম্নে ওইরি—শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা সাধন-ভক্তি অসিনা শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংনবগী পাম্নেনি। (মথুংগী পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু)।

১৩৫। তৌকম থোকই—নীংজরিবা পোৎ অহু ফংননবগীদমক তৌকম থোকই; (অভিধেয়-নি); শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংননবগীদমক শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা সাধন ভক্তিবু জীব-না তঙাইফদনা তৌকম থোকপনি। বেদান্ত সুত্রগী অহুম শুবা অধ্যায়গী অনিশুবা পাদ-দা মঙওইবা অথদা থাদোকপা য়াত্রবা থংক্তি সাধন ভক্তিদনি হায়রি। গোবিন্দ ভাষ্যগী অহৌবদা হায়রি, "অথাস্মিন পাদে প্রাপ্যানুরাগ হেতুভূতা ভক্তিরুচ্যতে।"

পরব্রহ্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণতুনা সবন্ধতত্ত্বনি (অশেংবা য়াম্না নক্লবা মরীনি); জীব-গা ইবুংঙো মহাকা থাদোক্লবা য়াড়বা নিত্য সম্বন্ধনি (অরেপ্পা মরীনি): তৌইশুঙ্কসুং মায়াদা লৈরিবা জীব-না অহুম ওইবা মরী লৈনবা অহু কাউথিদুনা মায়াগী উপাক্তা থরায় কখোক্‌ল্লা পোকপা-শিবা জরাব্যাধি (লাইথুং থুংবা) তন্নাবা মখল ভন্তুমচিংবনা চাকপদা কিথদা, মতম লৈবা থিবিক্তা থক থক নিক্তুনা লৈ। অসুম ওইবা পোকপা-শিবা অমসুং অন্নাবা মখল অহম্মচিংবদগী কোক্লনবগীদমক মথক্কী অরেপ্পা মরী লৈনরিবা ইবুংঙো মহাকপু নিংশিংফম থোকপনি। ব্রহ্মবু নীংবগনা অহুম ওইবা নিংশিংবা অহু পোকই। মরম অদুনা শাস্ত্রনা ব্রহ্ম নীংমনবগী বা ইরিবান (১। ৭। ১২১ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু)।

## গৌর-কৃপা-টীকা

মায় খণ্ডবা ওমদে। "নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যঃ ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন। যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যঃ ইত্যাদি। মুণ্ডক।৩।২।৩।।" গীতামদু হায়রি—ভক্ত্যা ত্বনন্যয়া শক্যঃ অহমেবংবিধোঽর্জ্জুন। জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং তত্ত্বেন প্রবিষ্টুংচ পরন্তপ ॥ ১১। ৫৪ ॥ অতোপ-অতোয়া ভক্তিনা ঐবু উবা অমসুং ঐগী ব্রহ্মস্বরূপতা চংবা (সাযুজ্য মুক্তি ফংবা) ওন্মী।" শ্লোক অসিগী টীকাদা চক্রবর্তি পাদ-না হায়রম্মী—"যদি নির্ব্বাণমোক্ষেচ্ছা ভবেৎ তদা তত্ত্বেন ব্রহ্ম স্বরূপত্বেন প্রবেষ্টুমপি অনন্যয়া ভক্ত্যৈব শক্যো নান্যথা।" গীতাগী শ্লোক অসিদা তশেংনা হায়রে—জ্ঞান মার্গগী সাধকী মকমদদু ভক্তিগী কৃপা অসি থাদোকপা য়াদে। মরম অসিনা ভক্তিনা পূমমক্কগী অথোইবনি, হন্দোকপা য়াদবনি।

সাধন ভক্তি মখল মাপনগী য়া অসি বেদদদু উবা ফংই। মহাক্ষদি, (১) শ্রবণগী মরমদা (নাম তাবগী মরমদা)। সে দু শ্রবোভির্যুজ্যং চিদভ্যসৎ॥ ঋগেদ ১।৫৬।২॥ পরমাত্মা শ্রীবিষ্ণুগী মগুণগী বারী অহু নাকোংনা হন্না চন্না তাহুনা ইবুংঙো মহাকপু ফংননবা হোংনকম থোকই। হন্না-হন্না হোংনবগী য়া অসি বেদান্ত সূত্রদদু উবা ফংই। "আবৃত্তির সকৃদুপদেশাৎ। ৪।৪।১॥" (২) কীর্ত্তনগী মরমদা। "বিষ্ণোর্ন্ন কং বীর্য্যানি প্রবোচন। ঋক।১।১৫৪।১—ঐ হৌজিক শ্রীবিষ্ণুগী লীলা কীর্ত্তন তৌরি। তত্তদিদস্য পৌংস্যং গৃণীমসীনস্য ত্রাতুরবৃকস্য মীলহুষঃ॥ ঋক।১।১৫৫।৪।—ত্রিভুবনেশ্বর, জগৎরক্ষক, কৃপালু, সর্ব্বেচ্ছাপরিপূরক ভগবান বিষ্ণুগী মরমচং কীর্ত্তন তৌরি। ওঁ আহস্য জানন্তো নাম চিদবিবক্তণ মহস্তে বিষ্ণো সুমতিং ভজা মহে। ঋক।১।১৫৬।৩॥ হে বিষ্ণো, নংগী নমিংদি চিৎস্বরূপি, স্বপ্রকাশরূপনি, মরম অহুনা নাম অসিগী মরমদা খক্তিকুং খণ্ডমকদু নাম অসিগী মরেক উচ্চারণ তৌজবদ। (শোজবদা) নংগী মরমদা ভক্তি ফংজগনি। বর্দ্ধন্তু ত্বা সুষ্টুতয়ো গিরো মে। ঋক।৯৯।৭॥ হে বিষ্ণো, ঐনা নংবু থুরুমজবগী, থাগচ্চবগী মরমদা ওাংলিবাবাঙাং অসি কজনা চাউথংহনবিয়ু।" (৩) নীংশিংবগী মরমদা (স্মরণ সম্বন্ধে)। "প্রবিষ্ণবে শুষমেতু মন্ম গিরিক্ষিত উরুগায়ায় বৃষ্ণে। ঋক।১।১৫৪।৩॥ উরুগায় ভগবানবু ঐনা শোইদনা নীংবা ওইজগে।" (৪) পাদসেবন (খোং হাপ্পা, খোংগী সেবা)॥ 'যস্য ত্রীপূর্ণা মধুনা পদাক্ষীয়মানা স্বধয়া মদন্তি॥ ঋক।১।১৫৪।৪। ভগবানগী অমাং-অতা নৈত্রবা অমদুং মাধুর্য্যনা তিল্লবা চরণ অহুমু সেবা তৌজবদা (ভক্তবু) নুংঙাইহল্লী।" (৫) অর্চ্চন (পূজা) গী মরমদা। "প্র,ব, পান্তমন্ধসো ধিয়ায়তে মহে শূরায় বিষ্ণবে চার্চত॥ ঋক।৫৫।১॥ নথোক্ত পূমমক্ক পুকচেন চাউবা শূরবীর বিষ্ণুগী অর্চ্চনা তৌ (পূজাতৌ)॥ (৬) থুরুমজবগী মরমদা (বন্দন)। "নমো রুচায় ব্রাহ্মায়ে। যজুর্ব্বেদ।৩১।২০॥

কৃষ্ণের চরণে যদি হয় অনুরাগ।
কৃষ্ণবিনু অন্যত্র তায় নাহি রহে রাগ॥ ১৩৬

অর্থ :—

কৃষ্ণগী চরণবু নুংশিরবদি পুল্লিনো।
অতোপ্পবু পাম্বা লৈত্রে কৃষ্ণ নত্তনা॥ ১৩৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

য়াম্না নিংথিজরবা ব্রহ্ম বিগ্রহবু ঐনা থুরূমজরি।" (৭) মনাইগী (দাস্য) মরমদা। "তে বিষ্ণো স্বমভিং ভজামহে॥ ঋক। ৫৬। ৩। হে বিষ্ণো, ঐনা নংগী কৃপাগীদমক নীংজরি" (৮) মরূপকী মরমদা। "উরুক্রমস্য স হি বন্ধুরিত্থা বিষ্ণোঃ। ঋক। ১। ১৫৪। ৫॥ মহাক উরুক্রম বিষ্ণুগী মরূপ্নি।" (৯) আত্মনিবেদন (ঐনা হাঙ্গজবা)। "য পূর্ব্ব্যায় বেধসে নবীয়সে সুমজ্জানয়ে বিষ্ণবে দদাশতি॥ ঋক ১। ১৫৬। ২॥ অহৌবা-অমোম্বা লৈত্রবা (অনাদি), জগৎ শেম্বিবা, নিত্তিগী ইনৌতঃ নৌহ্নবা লৈবা ভগবানবু (ঐনা) হাঙ্গজহ্নবা লৈ।

শ্রীমদ ভাগবতনস্থ হাঙ্গরি—"শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম। অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম। ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণ।—শ্রবণ কীর্ত্তমচিংবা ভক্তি অঙ্গ মাপন অসি বিষ্ণুগী পেন্নবগীদমক তৌরবদি ভক্তিগী মচুং চল্লি।" গোপাল তাপনী-শ্রুতিদস্থ হাঙ্গরি—"ভক্তিরস্য ভজনম। ইহামুত্রোপাধিনৈরাস্যেন অমুষ্মিন মনসঃ কল্পনম। ইবুংঙো মহাক্কী সেবা তৌবতনা ভক্তিনি। হন্দক্কা অমদি হয়েংমুক্কী মপোক্কী মুংঙাইনীংবা পূম্নমক থাদোক্তনা ইবুংঙো মহাক্কী পেন্নবগী মরমদা সেবা তৌবা অছুত্তনা ভক্তিনি।"

মথক্কা নৈনখ্রিবা অসিদগী থঙবা ওম্নিবদি ভক্তিতনা মরূ ওইবা তৌফম থোকপা তত্বনি (অভিধেয়-তত্বনি)।

১৩৬। হৌজিক চন্দবা-তত্ব (প্রয়োজন-তত্ব) গী বা হাঙ্গজরি। ইবুংঙো মহাকপু কংলীংহ্নবা নীংজখ্রিবা (উপাসনা তৌখ্রিবা) হাঙ্গবদি সাধন তৌজখ্রিবা থোঙম অছু চন্দবা-তত্ব হাঙ্গবা অছুনি। মথক্কী পয়ার ১৩৫ গী টীকাদা হাঙ্গখরে, পোকপা-শিবা-অবাবা অহ্ম্নচিংবগী অকীবগী কোকচবা ওরবগীদমক উপাসনা তৌবনি (লাই নীংজবনি)। অসিমস্থ হাঙ্গখরে,

## গৌর-কৃপা-টীকা

পরতত্ত্ব ব্রহ্মগা জীবগা মরী লৈনরিবা অসি কাউথিবা মরম্মা সংসারগী অকীবা পোল্লিবনি, মরম অতুনা ব্রহ্মগা মরী লৈনৈ হায়বনা নীংশিংনবা তৌবা অসিনা লাইনীংবগী মরু ওইবা থৌরম্নি। সংসারগী অকীবদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনবা অসিনা লাইনীংবগী অহৌবনি। নীংজবা অতুদগী ভগবৎ কৃপানা (যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্য:— শ্রুতিগী প্রমাণ অসিম্না) মরী লৈনৈ হায়বসি নীংশিংলকপা মতমদা, জীব ঐগী অরেম্বা মরূপ হায়বত্থু ভগবান নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তা লৈতে হায়বসি খঙজরকপা ওম্মী, খঙবা ওমখবদি ইবুংঙো মহাক্কা জীবগা মরী লৈনবিবা অত্থু য়াম্না নুংশিনগ্রে, মধুর ওইখবে, অতুম ওইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা, রসকী মশক ওইবা ব্রহ্ম অতুসু য়াম্না ফজবগী মশক অমনি, মহাক্কী মাধুর্য্যগা মান্নবা অমদি অতুদগী অহেনবা মাধুর্য্যদি মফম কদাইদসু লৈতে (ন তৎ সমোহত্যাধিকশ্চ দৃশ্যতে শ্বেতাশ্বতর শ্রুতি), জীব-না মাধুর্য্য অত্থু থকচবা ফংননবগীদমক মাধুর্য্য ভাণ্ডারদগী পুথোক্লীংবনা, রস ঘনবিগ্রহ পরম মধুরব্রহ্মসু য়াম্না থৌরাংই (মহাক্তি সত্যং শিবং সুন্দরম ওই)। মওং অসি সাধক অতুনা (লাইনীংলিবা মী অতুনা) খঙজবা ওম্না মতমদা পোকপা-শিবা-গী অরাবা অহম্না চাকপনচিংবগী অকীবদগী লাম্থোকপা ওম্নবা নীংলম্না অত্থু তোকখিত্নুনা ইবুংঙো মাঙোল্লা সাধক অতুগী (লাইনীংলিবা মী অতুগী) থবাই হকচাং হৈজিঙদুনা নুংশিবগা লোইননা মাগী সেবা তৌগে হায়না সাধক জীবনা য়াম্না কম্না অপাম্বা পোকপ্রে। অদুম হায়না সেবা তৌজনীংবা পোক্লরিবা অসি ব্রহ্মগী ফজরবা মগুণ অমা মহৌশানা লৈবননি। অতুম্না সাধকী য়াদি লাঙ্গরদুনা, সাধকতগী হুনগৎপ্রব। মোক্ষ ফংপ্রবা মুক্ত জীবশিংসু অথোইবা ব্রহ্ম শ্রীভগবানগী সেবাগীদমক কোম্নচেন-চেন্নম্নি (থৌরাংমরি), শ্রুতিদা মসিগী প্রমাণ ফংতি (মথকী পয়ার ১।৭।৮১ গী টীকাদা য়েংবিয়ু)। রসকী মশক ওইবা ভগবানগী পেম্নবগীদমক সেবা পামজবা অসিবু প্রেম কৌই। প্রেম অসি সাধকী অমত্তা ঙাইবা অপাম্বা পোৎনি, অতো ঙাইবা পামজকম থোকপা পোৎনি, অমত্তা ঙাইবা তৌদবা য়াদবা তঙাইকদবা চংকম থোকপা পোৎনি (প্রয়োজন তত্ত্বনি)। শ্রুতিদা হায়রি, য়সকী মশক পরতত্ত্ব ওইবা পোৎ ফংলগা জীব-না মতম কুইনা নীংজরক্লবা নুংঙাইবা অত্থু ফংজত্নুনা খম থেংনা অপেনবগী থাক অত্থু য়ৌবা ওম্মী, (রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী-ভবতী), ইবুংঙো মহাকপু ফংজবা হায়বসি প্রেম সেবাত্তনা ফংকম থোকই। সেবা পামজনগী বাথন অসি লাক্লবদি, পোকপা-শিবা অরাবা অহম্না চাক্লকনি হায়বগী অকিবা অত্থু কাউথরে (কোকখাব)। সুমিংকা মঙানগা মবা লৈনবগুম্না জীবগা ব্রহ্মগা অনিসি সেবানা মরী লৈনম্না ওইখরে। জীবগী থম্মোইদা শ্রীভগবানবু সেবা তৌজনীংবা কাওরকিবা অসি ইবুংঙো

পঞ্চম পুরুষার্থ সেই প্রেম মহাধন।
কৃষ্ণের মাধুর্য্য রস করায় আস্বাদন॥ ১৩৭
প্রেমা হৈতে কৃষ্ণ হয় নিজ ভক্তবশ।
প্রেমা হৈতে পাই কৃষ্ণসেবা সুখরস॥ ১৩৮

অর্থ:—

অঙুম ওইবা প্রেম অদু মতাংশুবা অপাম্বনি।
মাহুনা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য রস চুপহনবনি॥ ১৩৭
প্রেমদগী কৃষ্ণনা মনাইগী মথা পোল্লী।
কৃষ্ণ সেবাগী মুংঙাইবা রস প্রেমদগী ফংল্লী॥ ১৩৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মাবু নীংজবননি। মথক্তা হাঈজথরে,—সেবা পামজবা অসিবু প্রেম কৌই ; মরম অসিনা প্রেম অসি লাই নীংলিবা মী অদুগী চংদবা মাদবা পোৎশক অমনি। অদুনা প্রেমবু মহ্ম ওইবা চংদবা-তত্ত্ব কৌই (মুখ্য প্রয়োজন-তত্ত্ব কৌই)। ১।৭।৮১ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

মীওইবগী থমোইদা প্রেম ফাওনক্লবদি মশা মতোমতনা ভগবচ্চিন্তা ওইজরবনি হাঙ্গৈবদি ইবুংঙোগী মপাওগচিংবগী বাথন নত্তনা অতে কম্বিগুম্বা মায়া সংসারগী বাথন অমত্তা পুক্লিংদা চংলক্রে ; মায়া সংসারগী কম্বিগুম্বা বাথন্না প্রেম পোকহনবা ঙমদে ; (থমোইদা প্রেম ফাওরবশিং অদুদগদি অতোপ্পা অপাম্বা পূম্নমক অদু থমোই অদুদগী লেথরে, হুম্বিং থোয়রুগা অমম্বা কোকথিবগুম্না) ; মতম অদুদদি, থাঙ্গেপেম্বা সংসারগী মায়ানা অপুনবা অদু কোকরে ; প্রেম ফাওরকপদা অত্তাবা অপুনবা পূম্নমক পুনকোক কোকই। অদুম হায়না শ্রুতিগী মাহৈশিংদগু ইহুনা লৈ। প্রেম ফাওরক্লবদি ভগবৎ-সেবা পামজবা হাংদবনি মশামা ভাবনি হায়না বেদান্ত-সূত্র অসিদা হাঈরি। মাত্তা অসিদা প্রেমা প্রয়োজন—তত্ত্বনি হায়বসি সিদ্ধ ওইরে। মুংশিবা—প্রেম, অনুরাগ। পাম্বা—রাগ, আসক্তি।

১৩৭-৩৮। কৃষ্ণ প্রেমগী মগুণ শীংথাজরি। মত্তাংতবা অপাম্বা—১। ৭। ৮১ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। প্রেম, সনা-লুপানা লৈবদা ফংবা ঙমদবা পোৎ ফাওবা প্রেম অসিনা

সম্বন্ধ, অভিধেয়, প্রয়োজন নাম।
এই তিন অর্থ সর্ব্বসূত্রে পর্য্যবসান॥ ১৩৯
এই মত সব সূত্রের ব্যাখ্যান শুনিয়া।
সকল সন্ন্যাসী কহে বিনয় করিয়া॥ ১৪০
বেদময় মূর্ত্তি তুমি সাক্ষাৎ নারায়ণ।

## অর্থ

সম্বন্ধ, অভিধেয়, প্রয়োজন মরম অহুম্নি।
সূত্র পুম্নমক্তা অর্থ অহুমসিনা মতনি॥ ১৩৯
সূত্রে পুম্নমকী ব্যাখ্যা তাবগা অদুম্রো।
সন্ন্যোইবা পুম্নমক্না হাইরকই লোম্লক্রা॥ ১৪০
নংদি সাক্ষাৎ নারায়ণ বেদময় মূর্ত্তিনি।

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ফংবা ওন্নী হাইহ্না অথোইবা লল হাঙবা য়াই। প্রেম্ন ফংলবদি খ্বাইদগী হেন্না চাউবা তত্ব শ্রীকৃষ্ণ ফংগী, অদুম্না প্রেম্ন অথোইবা লম্নি হাইরিবনি। শ্রীকৃষ্ণ ফংবা হাইবগী অর্থদি—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা হাইবসি—সেবা ফংলবদি মসকী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী শীংথাবা ওমদবা মাধুর্য্য রস চাবা (চুম্না) ফংই। কৃষ্ণগী মাধুর্য্যনচিংবা—প্রেম ফংলবদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য রস চাবা ফংই। প্রেমদগীনচিংবা—প্রেমগী শক্তি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা প্রেম লৈবা ভক্ত অদুগী মথা পোল্লী। কৃষ্ণ সেবাগী চুংণ্ডাইবা রস—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবদা চুংণ্ডাইজবা মাতু রস ওইনা মহাও চুম্নবগী পোং অমনি।

১৩৯। মখানি হাইনা হাইরিবা স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধ (মরী) তত্বনি, ইবুংঙো মহাক ফংননবগীদমক সাধন-ভক্তিনা অভিধেয় (তৌফম থোকপা) তত্বনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণ প্রেম্না চংদবা (প্রয়োজন) তত্বনি—মরু ওইবা অর্থদা বেদান্ত সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌরবদি উবা ফংনি। অমত্ব অহুম অসিদা বেদান্তসূত্রগী ব্যাখ্যা লোইরে হাইবদি বেদান্তসূত্রগী মরু ওইবা অর্থদগী তত্ব অহুম অসি ফংই।

ক্ষম অপরাধ পূর্ব্বে যে কৈনু নিন্দন॥ ১৪১
সেই হৈতে সন্ন্যাসীর ফিরি গেল মন।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম সদা করয়ে গ্রহণ॥ ১৪২

অর্থ

মাঙদা নিন্দা তৌখিবহু নীংজৈ ঙাকপিগনি॥ ১৪১
মাতুদগী লম্বোইবশিং'তুগী পুক্লিং হনখে।
অতৎপা নৈতনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম শোনখয়ে॥ ১৪২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৪০—৪১ অনুয়া—মথক্ষা হাঈখিবা অনুয়া।

বেদময় মূর্ত্তি — বেদনা মহাক্কী মূর্ত্তি ওইবা, মাঙোন্দগী বেদ পোকপা। সাক্ষাৎ নারায়ণ— শ্রীমন মহাপ্রভুনা বেদান্তসূত্রগী ব্যাখ্যা তৌবদা অঙকপা গুণ অমা ফোংদোকপে, গুণ অদু লম্বোইবা অমনি হাঈনা নীংখিয়ে, সাক্ষাৎ নারায়ণনি হাঈনা লৌগ্রে। সাক্ষাৎ নারায়ণনি হাঈনা লৌবা অদুদগী ইবুংঙো মহাকপু বেদময় মূর্ত্তিনি হাঈরুরিবনি, মরমদি নারায়ণগী বেদ পোক্লকপনি।

নীংজৈ ঙাকপিগনি — ইচম-চম্বা লম্বোইবা অমা ওইরবোই নীংঙুনা, লম্বোইবা ঐখোয় ময়ামা নংবু য়াম্না থীনা ঙাংনক্লয়ে (নিন্দা তৌক্লয়ে), মাতুনা ঐখোয়না য়াম্না লানখয়ে, নংনা চানবিতুনা ঐখোয়না লানখিবা ময়াম অদু ঙাকপিয়ু।

১৪২। লম্বোইবা ময়াম অদুনা হাঈজবা অদুদা প্রভুনা মখোঈবু ঙাকপিরে (মথক্কী পয়ার ৩৫ দা য়েংবিয়ু); মাতুদা মখোঈগী পুক্লিংগী ক্ষনবা পুকচেন চেঙ্গা অদু ফোকখয়ে— মমাংদৈদা প্রভুবু নিন্দা তৌবগা, নাম সঙ্কীর্ত্তনগী নিন্দা তৌবগা অদু হৌজিক্তি লম্বোইবা ময়াম অদুনা প্রভুবু সাক্ষাৎ নারায়ণনি হাঈদুনা তৌরে, লুনা ইকাইখুম্নয়ে অমসুং মখা-মখায় "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" হাঈদুনা নাম কীর্ত্তন তৌনা হৌরক্লে।

এই মত তা সভার ক্ষমি অপরাধ।
সবাকারে কৃষ্ণনাম করিলা প্রসাদ॥ ১৪৩
তবে সব সন্ন্যাসী মহাপ্রভুকে লৈয়া।
ভিক্ষা করিলেন সভে মধ্যে বসাইয়া॥ ১৪৪
ভিক্ষা করি মহাপ্রভু আইলা বাসাঘর।
হেন চিত্র লীলা করে গৌরাঙ্গসুন্দর॥ ১৪৫
চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র সনাতন।
শুনি দেখি আনন্দিত সভাকার মন॥ ১৪৬

অর্থ :—

মতৌ অসুম্না সন্ন্যাসী মরাল ঙাকপিখরে।
চানবিহুনা কৃষ্ণনাম শোম্নবা পাওতাক পীবিরে॥ ১৪৩
অদুদগী লম্বোইবশিংনা প্রভুগা লোইননা।
ভিক্ষা তৌরে সন্ন্যাসী মরাইদা কমহল্লুন॥ ১৪৪
ভিক্ষা তৌরগা লৈফমদা হল্লক্লে প্রভুনা।
অসুম্না অঙকপা লীলা শাম্নে গৌরাঙ্গনা॥ ১৪৫
চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র সনাতনগী।
তাবদা উবদা পুক্নিং নুংঙাইরে—মখোইগী॥ ১৭৬

গৌর-কৃপা-টীকা

১৪৩। সন্ন্যাসী—কাশীদা লৈবা লম্বোইবা পুম্নমক্কী। মরাল ঙাকপিরবা অদুদগি মখোইগী থমোইদা কৃষ্ণনাম কাওরক্লে।

১৪৪। অদুদগী—প্রভুনা বেদান্ত-সূত্র ব্যাখ্যা তৌরবা মতু অদুদগী। ভিক্ষা তৌরে—(মহারাষ্ট্রীয় ব্রাহ্মণগী মযুমদা) লুক হারে। চাক চাত্রিঙৈদা বেদান্তগী মরমদা বিচার তৌনরগা প্রভুনা কৃপা তৌবিহুনা লম্বোইবশিংবু কৃষ্ণনাম শোম্নবা পাওতাক পীবিবে।

১৪৫-৪৬। লৈফমদা—চন্দ্রশেখরগী মযুমদা লৈবা প্রভুগী লৈফমদা। সনাতন—সনাতন গোস্বামী। প্রভুনা বৃন্দাবনদগী কাশীদা থল্লকপা মতম অদুদা সনাতন গোস্বামীসু গৌড় লৈবাক্কী জেলদগী চেল্লতুনা কাশী তানা লাকুনা প্রভুগী নাক্তা লাক্লমী। মথ্য

প্রভুকে দেখিতে আইসে সকল সন্ন্যাসী।
প্রভুর প্রশংসা করে সর্ব্ব বারাণসী॥ ১৪৭
বারাণসীপুরী আইলা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য।
পুরী সহ সর্ব্বলোক হৈল মহাধন্য॥ ১৪৮
লক্ষ লক্ষ লোক আইসে প্রভুকে দেখিতে।
মহাভিড় হৈল, দ্বারে নারে প্রবেশিতে॥ ১৪৯
প্রভু যবে যান বিশ্বেশ্বর-দরশনে।
লক্ষ লক্ষ লোক আসি মিলে সেই স্থানে॥ ১৫০
স্নান করিতে যবে যান গঙ্গাতীরে।
তাহাঞি সকল লোক হয় মহাভীড়ে॥ ১৫১
বাহু তুলি বোলে প্রভু—বোল হরি হরি।
হরিধ্বনি করে লোক স্বর্গ মর্ত্ত্য ভরি॥ ১৫২

## অর্থ :—

প্রভুবু য়েংবা লাকই লম্বোইবা পুম্নমক্না।
প্রভুবু থাগাৎনৈ বারাণসীগী মীয়াম্না॥ ১৪৭
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা বারাণসীদা লেংলক্লে।
সহরগা লোইননা মী পুম্নমক মহৈ য়াক্লে॥ ১৪৮
মী লক্ষ লক্ষ লাকই প্রভুবু য়েংনীংদুনা।
থোঙ্গাংদা চংবা ঙম্মদরে মী কুংথিবনা॥ ১৪৯
প্রভুনা বিশ্বেশ্বর খুরুম্বা লেংবা মতমদা।
মী লক্ষ লক্ষ লাকুনা তিল্লে মফম'দুদা॥ ১৫০
চাইথগে হাঙ্গদুনা গঙ্গা মপান্দা লেংথোক্পদা।
মী ময়াম হুপচিন্নকুন্না তিল্লে মফম'দুদা॥ ১৫১
প্রভুনা পাম্বোম থাঙ্গদুনা হাঙ্গ—বোল হরি হরি।
মীশিং'দুনা পুম্নিন-নিন্না শোনথি—হরি হরি॥ ১৫২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

লীলাগী মতাং ১৯ দা য়েংবিয়ু। তাবদা উবদা—প্রভুগী মচিন্দগী বেদান্তগী ব্যাখ্যা তাবদা অমম্বুং ইবুংঙো মহাকী মতম অহূদা মায়াবাদী লম্বোইবশিং অহূগী মপুক্কিং ওনবা অহূ উবগা।

১৪৭-৫২। বারাণসীগী ময়াম্না—বারাণসী (কাশী) দা লৈবা মী পুম্নমক্না। থোঙ্গাংদা—প্রভুনা লৈরিবা চন্দ্রশেখরগী য়ুমগী থোঙ্গাংদা মী য়াম্না কুংদুনা চিংনা-তাইনদা

লোক নিস্তারিয়া প্রভুর চলিতে হৈল মন।
বৃন্দাবনে পাঠাইলেন শ্রীসনাতন॥ ১৫৩
রাত্রি দিবসে লোকের দেখি কোলাহল।
বারাণসী ছাড়ি প্রভু আইলা নীলাচল॥ ১৫৪
এই লীলা কহিব আগে বিস্তার করিয়া।
সংক্ষেপে কহিল ইহাঁ প্রসঙ্গ পাইয়া॥ ১৫৫

অর্থ :—

মী লানবিরয়গা প্রভুনা লেঙলগে খল্লে।
শ্রীসনাতনবু বৃন্দাবন্দা থা-রক্লে॥ ১৫৩।
অহিং নুংথিন মী তিনবা অহু উবদা।
কাশী থাদোক্লুনা প্রভুনা লাক্লে নীলাচলদা॥ ১৫৪
লীলা অসি মতুংদা উচ্চবগে শন্দোক্লা।
মতাং চাঙ্গ ফাঙ্গদুনা ইজরে খরা শম্নপা॥ ১৫৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ওমদতুনা চন্দ্রশেখরগী মযুম য়োনবা চংবগী লম্বি অহু থিংখিরম্মী। বিশ্বেশ্বর খুরুম্বা—বিশ্বেশ্বর কৌবা শিব-লিঙ্গ খুরুম্বা (কাশীদা)। চন্দ্রশেখরগী মযুমগী ইংথোন অহু খরা লিকই; অদুনা মী য়াম্না মকম অদুদা চঙদুনা প্রভুবু দর্শন তৌবা ওমদে। বিশ্বেশ্বর খুরুম্বা মতমদা গঙ্গাদা ইরুজগে ছাঙদুনা মপান্দা থোকপা মতম অদুদা মশীং থীবা ওয়রোইদবা মী শঙ্খু-শঙ্গুনা লম্বিগী নাকল অনিদা লৈদুনা দর্শন তৌই অমসুং ইবুংঙো মহাকী চরণ খুরুমজে; প্রভুসু পাম্বোম অনি হাংদুনা "হরি হরি বোল" শোল্লগ, হাউদুনা পাওতাক পীবি; অদুগা মী পুম্নমক্সু খোঙ্গেল রাংনা আকাশ-পাতাল যৌনা হরিধ্বনি তৌই।

১৫৩-৫৫। মী লানবিরয়গা—হরিনাম শোলহন্দুনা কাশী লৈবাক্তা লৈবা মী পুম্নমকপু লানবিরয়গা। লেঙলগে—কাশী লৈবাক্তগী চংলগে। বৃন্দাবন্দা—শ্রীপাদ সনাতনবু (ভক্তিদা অহিরবগী মতুংদা) শ্রীবৃন্দাবন্দা থাখরে। নীলাচলদা—শ্রীক্ষেত্রদা। মতুংদ'-মধ্যলীলাদা।

মতাং-তাঙ্গ চাঙ্গদুনা—নাত্তে চাঙ্গ ফাঙ্গদুনা; কাশীদা লৈবা লশোইবশিংগী লানবিবগী মযমদা ব্যাখ্যা তৌবা অসি অধ্যায় অসিদা তৌকম থোক্তে। অধ্যায় অসিদগী মমিংতা

## গৌর-কৃপা টীকা

ওইনবা শীংথাবনি, অরাংপা শরুক্তা মধ্যলীলাগী কুন তুবা মতাংদা শীংথাজগনি। থরা থজিত্তুং পাল্লমত্রবদি মতাং অসিগী ব্যাখ্যা তৌগদবা শরুক্তা মপূং ফাবা য়াংলি হায়দুনা থজিক্তুং পাগ্গনি। মতাং অসিগী শীংথাগদবা শরুক্তি পঞ্চতত্ব অমসুং পঞ্চতত্বগী থবক্তি। শ্রীমন মহা প্রভুনা পঞ্চতত্বগী মসুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি। প্রভুনা য়াথন তৌথি, পাপী চণ্ডাল কাওবা বিচার ইত্তৌ-তৌদনা প্রেম পীবিগে হায়না। পঞ্চতত্ব (ভক্তমণ্ডা) তিন্নহুনা মায় তৌরে (১।৭।১৭—২৪)। প্রভুনা প্রেমগী ঈথক অমা হৌহল্লকপা অহুনা, মুগী, অন্তাং, হন্নুবা, অকবা-কন্তবা মী, থোংতেকপা মিংতাংবা থাক্তনা লূপহন্নুনা মনিং থুংহল্লে ১।৭।২৩-২৬)। তৌইগুমম্নুং "মায়াবাদী থবক পাম্বা কন্তবা মী-শিংনা। নিন্দা তৌগনবা পাষণ্ডী অতোনবা ছাত্রনা পুন্নমক অসিনা অশিংবা শাহুনা চেন্নথরে। মথোঈবু প্রেমগী ঈথক অহুনা শোকপা ওমদরে ॥ ১।৭।২৭-২৮॥" মথোঈবু লানবিনবগী-দমক—মথোঈবুসু প্রেম পীবিনবগীদমক প্রভুনা লম্বোইরে (১।৭ ২৯-৩১)। লম্বোইরবগী মতুংদা মথোঈ পুন্নমক প্রভুগী চরণা চেনশিন্নতুনা প্রেম ফংজরহুনা মহৈ য়ানজরে; তৌইগুম্বনুং কাশীগী মায়াবাদী লম্বোইবশিং অহুদি মতম অহু কাওবা চিথহুনা লৈহৌরি (১।৭।৩৩-৩৭)। মথোঈ অহুবুসু লানবিরমত্রবদি প্রভুগী নীংবা থুংলোইদৌরি। অহুনা শ্রীবৃন্দাবনদগী হল্লকপগী লম্বিদা কাশীদা মতম খরা কাইহুনা প্রভুনা মকম অহুগী মায়াবাদী লম্বোইবশিং অহুবু লানবিখি অমসুং মাহুদা পঞ্চতত্বগী থবক মপূং ফাখি। মতৌ করম্না প্রভুনা মথোঈবু লানবিখিবগে হাঙ্গবা অহুগী মরূ ওইবা শরুক থরদং মতাং অসিদা (অধ্যায় অসিদা) শীংথাজরি—পঞ্চতত্বগী থবক্তী মথং ওইনা শরুক অসি মতাং অসিগী পঞ্চতত্বগী শীংথাগদবা থবক্তী মসুংচল্লী, অহুনা শরুক অসি শীংথারমত্রবদি মতাং অসি ফজরোইদৌরি; মরম অহুদগী তত্ব মণ্ডাগী থবক শীংথাবগা লোঈননা মতাং চাঈ হাঙ্গহুনা লম্বোইবা উত্তর (লানবিবা) লীলাগী শরুক থরদং শীংথাজরে।

বাসুদেব—সর্ব্বভৌমসু মায়াবাদীনি. তৌইগুমম্নুং মহাক্তা কাশীদা লৈবা মায়াবাদী-শিংগা য়ান্না থেন্নথরে। সার্ব্বভৌম ভটাচার্য্যাদি প্রভুবু মুংশিনবী, ইকাই-খুম্নবী—অহানবদা সাধন তৌবগী মরমদা খন্না ওজিত্তুং থেন্নবা লৈন্নবী হায়বত্তনি। তৌইগুমম্নুং কাশীগী মায়াবাদী লম্বোইবশিংদি মতম লৈবা থিথিক্তা প্রভুবু নিন্দা তৌহুনত্তা লৈ, অতোংবা খীনা প্রভুগী মনাক্তা চংজবসু মথোঈনা থিত্তী। মথোঈগা প্রভুনা মহৈ য়ান্না চেন্নথরে, অহুনা মথোঈবু লানবিবগী মরমদা শীংথাবদা মতাং অসিদ। প্রকাশানন্দ ভেদান্তী না খন্না উৎলে।

এই পঞ্চতত্ত্বরূপে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
কৃষ্ণনাম প্রেম দিয়া বিশ্ব কৈল ধন্য॥ ১৫৬
মথুরাতে পাঠাইল রূপ সনাতন।
দুই সেনাপতি কৈল ভক্তি প্রচারণ॥ ১৫৭
নিত্যানন্দ গোসাঞে পাঠাইল গৌড়দেশে।
তেঁহো ভক্তি প্রচারিল অশেষ বিশেষে॥ ১৫৮
আপনি দক্ষিণ দেশে করিলা গমন।
গ্রামে-গ্রামে কৈল কৃষ্ণনাম-প্রচারণ॥ ১৫৯

অর্থ :—

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা পঞ্চতত্ত্ব ওইদুনা।
জগৎপু ময়াইকহল্লে কৃষ্ণনাম-প্রেম পীবিদুনা॥ ১৫৬
মথুরাদা রূপ সনাতনবু থাখিরম্মী।
সেনাপতি অনিনা ভক্তি শন্দোকখিরম্মী॥ ১৫৭
নিত্যানন্দ গোসাঞিবু গৌড়দেশতা থাখি।
মহাকন্না রায়া কল্লনা ভক্তি শন্দোকখি॥ ১৫৮
প্রভুনা ভারতকী খাথংবা মাইকৈদা লেঙখি।
খুলং-খুলং খুদিংদা কৃষ্ণ নাম শন্দোকখি। ১৫৯

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৫৬। পঞ্চতত্ত্ব ওইদুনা—তত্ত্ব মঙা ওইদুনা, পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং অসিনচিংবা শ্লোককী অর্থ লোইশিনজরে। মথকী পয়ার ২৬ কা পয়ার অসিগা অর্থ অমহানি। ১। শ্রীচৈতন্য, ২। শ্রীনিত্যানন্দ, ৩। শ্রীঅদ্বৈত, ৪। শ্রীগদাধর অমসুং ৫। শ্রীবাস মঙা অসি পঞ্চতত্ত্বনি।

১৫৭। মথুরাদা—মথুরাগী মনুংচনবা বৃন্দাবনদা। সেনাপতি—লাম্মী পূম্নমকা মকোক। লানগী এতমদা সেনাপতিগী মাথংগী মতুংইন্না লাম্মী পূম্নমক্না লান ৎৌই। পয়ার অসিদা শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামীবু সেনাপতি অনিনি হায়রিনা শীংথারে, ভক্তিবু মেংথিবা মীশিংগা লান থেংনবদা লান ওন্নহনা ভক্তিগী লৈবাক শেম্মী। শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন অনিনা ভক্তি-লাইরিক য়ামা লেংবিরম্মী, ভক্তি লাইরিক অদুগী মতেংনা ভক্তি সন্দোকপশিংনা লৈবাক পূম্নমক্না ভক্তিগী পাওতাক পীবিদুনা মীশিংবু শ্রীভগবানদা মথাই ওনশিনহন্নী। ভক্তি শন্দোকপা মী পূম্নমক অসিনা লাম্মী ওইরে, শ্রীরূপ সনাতননা মথোইগী সেনাপতি ওইরে অমসুং লাইরিক অদুনা সেনাপতিগী পাওতাক ওইরে।

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতননা নোংচুপলোমদা লৈবা লৈবাকী প্রজাশিংনা ভক্তিগী মেরবা ওইবা থৌরম পূম্নমক কক্থৎতুনা ভক্তি ধর্ম সন্দোকখি।

মূক কবিত্ব করে যা-সভার স্মরণে।
পঙ্গু গিরি লঙ্ঘে, অন্ধ দেখে তারাগণে॥ ৪

অর্থ :—

মখোয়গী নীংশিংবদা লোন থোক্তবনা কবি ওই।
মিত্তাংবনা থৌরাম্মিচাক উই, খোংজেকপনা চীং কৌই॥ ৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

লাইরিক লেংখিরিবা শ্রীপাদ কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শোক অসিদা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী কৃপা শীংথারি ; ইবুংঙো মহাক্তি য়াম্না থৌজাল হৈ অমসুং মাথম্না লাবা কংদবা শক্তিনা লৈজেবনি (ভগবান ওইহনা) ; নত্রবদি মূর্খ ওইবা ঐহাক্কী কয়ম্না ইবুংঙো মহাক্কী অঙকপা লীলাবু শীংথাবা ঙমগদগে ? মপুংফানা চংপা ঙমজত্রবা ঐবু অগোই শাম্নকখদা থঙহৌদনা য়াম্না থুনা অঙকপা অগোই শাহনবা তাম্নবদি, অঙকপা শক্তি চংকম থোকই, ঐগুম্বা মূর্খ অমনা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী লীলা শীংথাবা তাম্নবসু অঙকপা শক্তি চংকম থোকই ; অদুনা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙো মহাক্কী লীলা শীংথাহল্লী।

১-৩। পয়ার অহুম অসি পঞ্চতত্ত্ব খুরুমজবনি।

৪। পঞ্চতত্ত্ব নীংশিংজবদা অঙকপা শক্তি ফংবগী য়া হায়রি। কবি—রস য়াওবা য়াহৈ পয়েং লেংহনা চীয়া তাংথোকপা ওবা শক্তি লৈবা অহ কহিনি। চীংকাই—চীং কাহনা লাম্থোকপা ঙম্মী। মিত্তাংবা য়েংবদা উবা ঙমদবা। পঞ্চতত্ত্ববু নীংশিংজবদা অঙকপা গুণ অমসুং শক্তি ফংই ; মাহুনা মরোন থোক্তবা মীসু য়স-মা জিন্নবা য়াহৈ পয়েং শেমহনা কবি ওইবা ঙমহল্লী ; মখোংনা চংপা ঙমদবা খোংজেকপা মীসু চীং কাহনা য়াংবা লাম্থোকপা ঙমহল্লী ( খোংনা চংপা ঙম্মী ), অদুগা মমিত্তাংবা কমিসু উবা ঙমদবা মীসু আকাশতা লৈবা থৌরাম্মিচাক পূর্ণমক উবা ফংই। পঞ্চতত্ত্ব (তত্ত্ব মতা) গী কৃপানা ওইথোক্তবা থৌরম্সু লাইনা ভৌবা ঙমহল্লী লোন থোক্তবা মীবু য়া তাংহনবা ঙম্মী অসিনচিংবা।

এ সব না মানে যেই পণ্ডিত সকল।
তা-সভার বিদ্যাপাঠ ভেক-কোলাহল॥ ৫
এ সব না মানে যেবা করে কৃষ্ণ ভক্তি।
কৃষ্ণ কৃপা নাহি তারে নাহি তার গতি॥ ৬
পূর্ব্বে যৈছে জরাসন্ধ আদি রাজগণ।
বেদধর্ম্ম করি করে বিষ্ণুর পূজণ॥ ৭
কৃষ্ণ নাহি মানে, তাতে 'দৈত্য' করি মানি।
চৈতন্য না মানিলে তৈছে 'দৈত্য' তারে জানি॥ ৮

অর্থ :—

হাইরিব'সিবু থাজদবা পণ্ডিত ময়াম'হু।
হওোইনা খোংবগুম্বনি মখোইগী মহৈ'হু॥ ৫
অসিবু থাজত্রগা কৃষ্ণভক্তি তৌরবা।
মাগী পাম্বৈ লৈতে, ওমদে কৃষ্ণ কৃপা ফংবা॥ ৬
মমাংদা জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংনা।
বিষ্ণু পূজা তৌই বেদ ধর্ম্ম চত্তুনা॥ ৭
কৃষ্ণবুদি থাজদে অদুনা 'হিংচাবা' হাই।
অদুম্না চৈতন্য থাজত্রবম্ব 'হিংচাবা' হাই॥ ৮

গৌর-কৃপা-টীকা

৫। হাইরিবসিবু—পক তত্বনা তৌবা ওম্বা অসিবু। হওোইনা খোংবগুম্বনি—অরেম্বনি অমত্তুং অরাবা কংনবগী মশক্তি। হওোইনা খোংলগা মখোইদা করিম্ব কান্নবা ফংদে, অহোইনত্থম খোংলিবহ লিমা তারগা চেনশিনত্তুনা মখোইবু চাখোকই। অদুগুমত্তুনা পকতবু ঈশ্বরনি হাইনা থাজবা ওমদবা মী-শিং অদুদি, মখোইনা পণ্ডিত ওইরবম্ব লাইরিক-লাইও য়ামা হৈরবম্ব যম্বিম্ব কান্নদবনি, মাদুদা মখোইনা করিগুম্বা কান্নবা অমত্তং ফংবা ওমদে, অহোইনত্থম ভগবৎ (ঈশ্বর) গী চরণ্ডা লওজবা (অমানবা থবক তৌই) ওই, মাদুনা অদুম অদুম শ্রীভগবান্দগী য়ামা লাপথোকখি।

৬। অসিবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনচিংবা তত্ব মগুাসিবু কৃষ্ণভক্তি—শ্রীকৃষ্ণ নীংজবা। মনাগুমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঈশ্বরনি হাইবা য়ানীংত্রগা শ্রীকৃষ্ণবু নীংলুবদা করিম্ব কান্নবা ফংবা ওমদে, শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা পীবিদে। (মতুংগী পয়ার ১১ গী টীকাদা য়েংবিয়ু)। শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা খেন্নদে হাইনা নীংলগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু থাজত্রবদি শ্রীকৃষ্ণ থাজদবগা চপ মানে।

৭—৮। মমাংদা—দ্বাপর যুগতা। জরাসন্ধনচিংবা—জরাসন্ধ, শিশুপাল অসি-নাচিংবা নিংথৌশিংনা; মখোই অসি বেদগী হোমগী কর্ম তৌই, বিষ্ণুবু ভগবানি হাইনা

মোরে না মানিলে সব লোক হবে নাশ।
এই লাগি কৃপার্দ্র প্রভু করিলা সন্ন্যাস ॥ ৯
সন্ন্যাসি-বুদ্ধ্যে মোরে করিবে নমস্কার।
তথাপি খণ্ডিবে দুঃখ, পাইবে নিস্তার ॥ ১০

অর্থ :—

ঐবু থাজত্রবদি মী পুম্নমক মাঙবা তারে।
অদুম্না খনখিদুনা প্রভুনা লম্বোইরে ॥ ৯
লম্বোইরবদি মীনা ঐবু খুরুমগনি।
মাদুদা অদাবা কোকনি, মুক্ত ফংগনি ॥ ১০

গৌর-কৃপা-টীকা

নীংই অমসুং হৌনবি মতুংইন্না বিষ্ণুগী সেবা-পূজানচিংবসু তৌই ; তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণবুদি ভগবানি হায়বা য়ানীংদে অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু য়েক্কবনি হাঙ্গনা খল্লমী। অদুনা মখোয়বু হিংচাবনি হাঙ্গনা খঙনৈ। অদুগুমদুনা কনাগুম্বনা বেদগী হৌনবি কর্মনচিংবা তৌবা, বিষ্ণুগী সেবা পূজানচিংবসু তৌবা, শ্রীকৃষ্ণগী সেবানচিংবসু তৌজবা, মখোয়শিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ভগবানি হায়বা য়ানীংত্রবদি মখোয় অদুসু হিংচাবগী মসুংচনবনি হাঙ্গনা খঙনগনি। হিংচাবা—বিষ্ণুভক্তগী ওয়-তৈনবা স্বভাব অদুবু হিংচাবা, অসুর কৌই। "বিষ্ণুভক্তো ভবেদ্দৈবঃ আসুরস্তদ-বিপরীতঃ।"

কনাগুম্বা নীপা অমনা লৈবাক অদুগী নিংথৌরেন অদুবু য়েক্কবনি হাঙ্গনা খল্লুনা য়ানীংদবা, অদুগা নিংথৌরেন অদুগী মহুৎ শিনবা কর্মচারীশিংগী মকমদদি য়াম্না ইকাই খুম্নবা নোল্লুকপা উৎপনচিংবা তৌরবসু মহাক অদু নিংথৌগী য়েক্কবা ( রাজদ্রোহী ) কৌই, কৈদৌঙৈদসু নিংথৌগী ভক্ত হায়বা য়ারোই—অদুগুম্না মীশিং অদুনা স্বয়ং ভগবানবু য়ানীংত্রগা অতোপ-অতোপ্পা ভগবৎকী মশক সেবা পূজা তৌরবসু মখোয়বু ভক্তগী মসুং চম্নদে—হিংচাবগী পুকচেন চেনবা মীনি হাঙ্গনা খঙনগনি।

৯-১০। ঐবু থাজত্রবদিনচিংবা—হাহে অসি শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়রমি। ঈশ্বরত্ত মহাক্না খনখি—"ঐমি স্বয়ং ভগবানি; ঐবু থাজত্রবদি—ঐবু অচম্বা মী অমনি হায়না লৌনা—ঐখোয়া চংজরবদি—ঐগী পাওজাক্কী মসুংত্তা থবক তৌরবদি—মী অদুগী য়াই-কবা-লৈরোই।"—অসুম হায়না বিচার তৌরুনা, মীদু অমাগী [illegible] হায়না

হেন কৃপাময় চৈতন্য না ভজে যেই জন।
সর্ব্বোত্তম হৈলে তারে অসুরে গণন ॥ ১১

**অর্থ :—**

অসুম ওইবা চৈতন্যবু নীংদ্রবা মীগুদি।
অথোইবা ওইরবসু হিংচাবনি মখোঙৈ'গুদি ।। ১১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

নীংঙ্গনা প্রভুনা লম্বোইরে। কবিরাজনো হাঙৈনদা, ওবুংঙো মহাক্না খাথন তৌখি, "প্রভু লম্বোইবা অমনি হাঙৈনা খন্দুনা কনাগুম্বা মীনা পুক্নম্নদি মখোঙৈগী অরাবা কোকনি, অরান খুবম ফঙনি।" মফম অসিদদি মী পুম্নমকপু চিংশিন্দুনা র্ন্না ভাংফম থোক্তে, পযাব ১।৭।৩৩—৩৪ দা হাঙৈবিবা "ছাত্র, পাপী, কর্ম্মী, মরৈ যেংকনগা, মীবু নিন্দা তৌবা পাম্বা' মখোঙৈ থরা অহুবুতনি। মুক্ত- অরাবদগী কোকপা।

১১। অসুম ওইবা চৈতন্যবু নচিংবা মহাপ্রভুবু য়েক্লবগী লমচংকুম্না চৎলিবা মখোঙৈ অহুগী মঙ্গল ওইনবগীদমক, ইবুংঙো মহাক্না মমা হম্নুবীনচিংবা ইমুংমনুংগী মুংশিনরবা ম পুম্নমকপু অমম্লং সংসারিকী ইকাইখুম্নবনাচিংবা লল-থুম পুম্নমকপু থাদোক্তুনা লম্বোইবগা ধর্ম্মদা চংখি, অসুম ওইবা রাম্না থৌজাল হৈরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু নীংজদ্রবা মী অহুদি, হিরম পুম্নমক্তা অথোইবা ওইরবসু মহাক অহুবুদি হিংচাবনি হাঙৈনা খঙনগনি।

মফম অসিদা রাম্না লুরবা রাহং অমা থাঙৎনীংঙাই মচাক লৈরে। পয়ার থরা অসিদা হাঙৈরিবসিগী মচংদি :—"তত্ত মঙাবু নীংদবা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু নীংদবা মীশিং অহুনা বেদগী ধর্ম্ম ভারুবসু, অতোপ-অতোপ্পা লাইবু নীংজরবসু, শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌজরবসু মখোঙৈনা অরান খুবম ফংবা ঙমদে- মখোঙৈ অহু হিংচাবগী মহুং চনগনি।" হাঙৈরিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি শৈব-শাক্তা নচিংবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবু, যোগ-জ্ঞানমার্গ চৎপা সাধকশিং করি অমুক হাঙৈগনি, শ্রীমন মহাপ্রভুনা লিংখৎলম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদায় ( কাঙবু ) নত্তনা অতোপ্পা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গা মীশংদি হিংচাবা ভাক্তা ওইবা তারে, মখোঙৈনা তৌজবা পুম্নমক অরেম্বা কান্নদবা ওইবা তারে। অসিগুম্বা রাতা ( আব ) অদিবু গোস্বামি শাস্ত্রনা

## গৌর-কৃপা-টীকা

লৌখৎলমগনি নীংদে। "জ্ঞানত. সুলভা মুক্তিঃ" নচিংবা ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুগী (পূ. ১ । ২৩) ম্রাহৈদা জ্ঞানমার্গগী ভজন্দা মুক্তি লাইনা ফংই হাঙৈরি "জ্ঞান, যোগ, ভক্তি তিন সাধনের বশে। ব্রহ্ম, আত্মা, ভগবান ত্রিবিধ প্রকাশে॥" পয়ার অসি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদসু জ্ঞানমার্গ যোগমার্গ অমসু মখল-মখা অযাম্বা ভক্তিমার্গনা কান্নবা ফবা অহু য়ারি। শ্রীসম্প্রদায়, নিম্বার্ক-সম্প্রদায় নচিংবা বৈষ্ণব-সম্প্রদায়গী ভক্তশিংনা শ্রীগৌর নিত্যানন্দবু নীংদে, অহুম ওইনমক গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ভক্তনসু মখোইবু যাম্না শ্রদ্ধা ভক্তি লৌই (ইকাইখুম্মে), মখোইগী লাই-মনী অহু করিসু কান্নদনা ওইরমগনি হায়না নীংদে। পবর তামদা লৈরিবা অতোপ-অতোপ্পা ভগবৎকী মশকপু নীংজরিবা শিংনা সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মরি ফংহুনা বৈকুণ্ঠদা লৈজবা ফংই, হাইরিবসি গোস্বামি শাস্ত্রনা যাদবা লৌদ, বৈষ্ণব শাস্ত্রনা সাধক-সম্প্রদায পুম্নমকপু মর্য্যাদা তৌহ (হকাহ খুম্ম), করিগুম্বা-সু মখোইনা যেংথিবা লৌদে। অসুম হাইনা লৈত্রবা-সু অসিদা গৌড়ীয বৈষ্ণব সম্প্রদায নত্তবা অতোপ্পা সম্প্রদায় পুম্নমক্কী ভজন্দি (লাই মনীংদি) অৱস্থনি হাইবা ব হৈ অসি কবর জ গোস্বামিগী মথংন ইরমগনি নীংদে ওইথোক বা ৱানি। মথক্কী পাহৈশিং অসিগী হাইরিবা অর্থ তোক্তুনা অতোপ্পা অর্থ অমা পুনা তাবরদি অমা মতি থাদংনবা থাইদাকপা মচাক মরম লৈতে হাইনা নীংই। মরুম অসিদা অতোপ্পা অর্থ অহু তৌজরি শন্নপ।

গৌড়ীয-বৈষ্ণব-সম্পদ যনা পাম্নিবদি শ্রীপাদ নরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশযন পয়ার তংথাই অমদা ফোংদোক্লম্মী—"গৌরচন্দ্র ফংলগ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ফই" শ্রীনবদ্বীপ ধামদা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গবু অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী পাম্নবা লোইনবশিং অহুবুসু য়াওনা সেবা ফংজবা অমসুং শ্রীবৃন্দাবন ধামদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগা ইবুংঙো মহাক্কী নিত্তিগী লোইনরিবীশিং অহুগা লোইননা সেবা ফংজবা অসি গৌড়ীয়-বৈষ্ণব—সম্প্রদাযগী—অপাম্বা পোৎশক্নি। ধাম অনি অসিগী সেবা ফংবজনা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী মপুং ফাবা সেবা ফংজবা চিংই। মরম অহুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগা ইবুংঙো মহাক্কী লোইনবশিংগা পুম্না সেবা তৌজনা (নীংজবা) অমসুং শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগা মহাক্কী লোইননশিংগা পুম্না নীংজনা অসি গৌড়ীয-বৈষ্ণবনা হৌদাকপনি। ভক্তশিং অহুনা শ্রীশ্রীরাজসুন্দর অমসুং মহাক্কী লোইনববু নীংলবদি শ্রীনবদ্বীপকী সেবা ফংবা ঙমদে, মরম অহুনা গৌড়ীয়-বৈষ্ণব-সম্প্রদায়গী অপাম্বা পোৎশক অহু মপুংফানা ফংবা ঙমদে। গৌড়ীয়-বৈষ্ণব—সম্প্রদায়না মপুংফংদা থক্লী—শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী মফমদা মপুংফাবা কৃপা তৌথিবা মতম অহুদা, ইবুংঙো মহাক্কা ভক্তবু

## গৌর-কৃপা টীকা

শ্রীনবদ্বীপ অমসুং শ্রীবৃন্দাবন—ধাম অনিমক্কী লীলাদা সেবা ফংহল্লী, মরম অদুনা নবদ্বীপ লীলাদা সেবা ফংলবা মহাক অদুনা কৃষ্ণগী কৃপ মপুংফানা ফংলে হায়বদা য়াদে। মরম অসিনা মথক্কী তরুক শুবা পয়াবদ হায়রি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যচিংনবু যানীত্রগা ( থাজত্রগ ) কৃষ্ণ ভক্তি তৌরবদা, ওমদে কৃষ্ণ কৃপ ফংব—সী অ॥ মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা মপুংফনা ফোংদোকপীরে হায়বা মমাদ—শ্রীনন্দপকী সেবাসু যাওনা ফংজবা ওংনবা কৃপা ফোং-দোকপীদবা অদুনা, মরম অদুনা "মাগী নাম লৈতে"—গৌড়িয়-বৈষ্ণবশিংনা নিজবিবা প্রার্থনা তৌর্জবিবা পাম্বে অত্ত মহাক্লা ফংদে, নবদ্বীপ লীলাগী সেবা ফংননবা মাগী গনি লৈতে, তৌইগুম্নং শ্রীবৃন্দবন্দা শ্রীকৃষ্ণলীলাগী সেব ফংলোহদনগী মরমদি লৈতে। [নিম্বার্ক-সম্প্রদায়গী সাধকশিংনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরবু নীংদে, শ্রীকৃষ্ণ নীংদে, মাধ্বশিংনা মথোঙগী নীংজবগী মপান্না শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী কুঞ্জ সেবা ফংবা ওম্মী—মাসি শাস্ত্রগী মচংদি। মাসিনা খণ্ডনবিবাদ—লোয়নবা নং। লোয়ননা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরবু নীংদ। মীশিং অদুনা গৌড়ীয়-বৈষ্ণব-সম্প্রদায়না পামজারবা অদু ৯া কৃষ্ণ কৃপা ফংদ্রাই, হায়বদি শ্রীনবদ্বীপ অমসুং শ্রীবৃন্দাবন ধাম অনিগী লীলাদা সেব যাওজবদি মথোইনা ফংব ঙম্মোই। ] তুগা কনাগুম্বা ওক্কনা কবিগুম্বা লাইগ অমদা থৌজইদবা উনবা, লাইবু লাইনি হায়না ইকাই খুম্নবা উংলবা, মহাক্লা নীংজরিবা লাই অদু নত্তনা, অতোপ্পা লাইগী মশক তমা নংজলুব্রবসু মহাক্লা নীংজরিবা অদুবুদি ফংবা ওমগনি। শ্রীহনুমান অসি শ্রীরামচন্দ্রগী সেবক্নি, মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণবু নীংদে, তৌইগুম্নং শ্রীরামচন্দ্রগা শ্রীকৃষ্ণগা লাই ওইবগী মরমদদি থেন্নদে হায়বা য়াই ( লৌই )। শ্রীকৃষ্ণবু নীংদে হায়দুনসু মহাক্লা শ্রীরামচন্দ্রগী চরণ-সেবা ফংদবা লৈতে। তৌইগুম্নং জগ্নাসম্বন্ধনচিংবা লিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু লাইনি হায়না লৌদে ( য়াদে ), মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণু নাংজরবসু মথোঙনা শ্রীবিষ্ণুগী কৃপা ফংবা ওমদে, মরম অসিনা মথেঙ্গৈ অসি হিংচবগী মসুং চনখরে। শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোসু লাইনি ( ভগবৎ-স্বরূপনি ), ইবুংঙো মহাকপু থৌজইদ্রবদি ( লাইনি হায়না থাজত্রবদি ) অতোপ্পা লাই ( ভগবৎ-স্বরূপ ) নীংদুনসু হিংচাবগী মসুং চনগনি। য়া মচংদি আননি, কবিগুম্বা লাই ( ভগবৎ-স্বরূপ ) অমবু লাইনি ( ভগবৎকী মশক্তি ) হায়বা যানীংদনা থৌশাদ্রবদি মহাক্লা নীংজরিবা লাই অদুগী কৃপা ফংবা ওমদে। কবিগুম্বা লাইগী ( ভগবৎ স্বরূপকী ) সেবা তৌফম থোকপা থৌরম পাংথোকপা ভকদ অদুনা অতোপ্পা লাইবু থৌজইদবা তৌত্রবদি মহাক্লা নংজরিবা পোৎশক অদু ফংবা ওম্মী।

## গৌর-কৃপা-টীকা

মাসিগী মতুংদা মূর্তিকুম লৈতে। শ্রুতিনা হায়রি, অথোইবা তত্ত্ব ওইবা পোৎ অমু অমত্তা ওইরবসু মশক য়াম্না পুথোকই। "একোহপি সন যো বহুধাবভাতি।" শ্রুতিনা অমসু হায়রি, মহাক্তি রসকী মশাল্লি। "রস বৈ সঃ।" মাদুদা রসকী অঙকপা শীংথাবা শুমদনা লৈ; মহাক অমৃত রস পুম্নমকী তুংকম সমুদ্রনি। নারায়ণ, রাম, নৃসিংহনচিংবা অতোপ-অতোপ্পা লাই অসি মহাকী মখল-মখলগী অঙকপ। রসকী অতোপ-অতোপ্পা শক্তি। মখল-মখলগী অঙকপা রস অসি অতুম ওইবা অমৃত-রসগী সমুদ্র ওইবা অথোইবা তত্ত্ব ওইবা পোৎ অদুদা লৈ, অঙকপা রস পুম্নমকা অতোপ-অতোপ্পা মশক অতুমু অতুম ওইবা অথোইবা তত্ত্ব ওইবা পোৎশক অদুগী হায়বদি অপুনবা অমৃত রস মী মপং ওইবা মূর্ত্তি ( বিগ্রহ ) অদুগী মসুংচল্লী; মখোয়গী তোঙানবা বিগ্রহ মশক অমা লৈতে। নারায়ণ নীংবা ভক্তগী মফমদা ( হায়বদি নারায়ণ অসি অতুম ওইব অঙকপা রস অদুগী মূর্ত্ত অমনি. অতুম ওইবা অঙকপা রস অদুবু নীংজরিবা ভক্তগী মফমদা ) অথোইবা তত্ত্ব অদুনা মশাগী হকচাংদা নারায়ণ ওইনা উহল্লী রূপ অসি শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়রম্মী "একই ঈশ্বর-ভক্তের ধ্যান অনুরূপ। একই বিগ্রহে ধরে নানাকার রূপ ।। ২। [illegible]৪১ ।।" লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী বাসুদেবগী হকচাংদা অর্জুনবু বিশ্বরূপ—জগৎ অপুনবা উৎকনখি অমসুং শ্রীমন মহাপ্রভুনা মহাকী হকচাংদা লক্ষ্মী, দুর্গা, মহেশ ( মহাদেব ), বরাহ ( ওক ), নৃসিংহ, বলদেবনচিংবা অতোপ-অতোপ্পা লাইগী মশক, নদীয়াদা লৈবা ভক্তশিংদা উৎনখি ( ১।৪।৯ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিযু )। মতৌ অসুম তৌদুনা অথোইবা তত্ত্বগী পোৎশক মূর্ত্তি অমত্তদা মূর্ত্তি ময়াম লৈ অমসুং মূর্ত্তি ময়ামদসু মূর্ত্তি অমত্তা ওইবা অদুনা লৈ ( বহুমূর্ত্ত্যেক মূর্ত্তিকম শ্রীভা. )। সাধকশিংগী অতোপ-অতোপ্পা ভাবকী মতুংইন্না অথোইবা তত্ত্বগী পোৎশক অদুনা মহাকী এশা অতুমতদা কনাগুম্বগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা, কনাগুম্বগী মফমদনা বিষ্ণু ওইনা, কনাগুম্বগী মফমদনা রাম ওইনা, কনাগুম্বগী মফমদনা নৃশিংহ অসিনচিংবা মশক ওইনা উহল্লী—'বহুধ্যাবভাতি' কৌবা পোৎশক অদুদা অতোপ-অতোপ্পা মাইকৈদগী য়েংলকপদা য়েংশিনবা মী-শিং অদুগী মথিংত্রা মচু তোঙান-তোঙান্না উবা মতৌ অদুওন্না। অতোপ-অতোপ্পা মশক ময়াম অসিগী মতুংদা তত্ত্বগী মরম খিরুপবদি করিসু থেংনবা লৈতে; মরমদি, পুম্নমক অদু অথোইবা তত্ত্ব ওইবা পোৎশক হকচাং অমত্তনা তোঙান-তোঙান্না কোংদোকপনি। মরম অদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ঈশ্বরগী মবমদা থেৎনা হায়না নৌংলসদি পাপ চংই। খজবা মী শিংনা থেৎনা হায়না নীংদুনা করিগুম্বা লাইগী হকচাংদা থৌওইদবা উৎকুনা শোক্রবদি পাপ চংই, মরমদি লাই অদুগী

অতএব পুনঃ কহোঁ ঊর্দ্ধবাহু হৈয়া।
চৈতন্য নিত্যাই ভজ কুতর্ক ছাড়িয়া॥ ১২

অর্থ :

মরম অসিনা হন্না হাঙ্গজরি খুৎ থাঙ্গত্তুনা
গৌর-নিত্যাই নীংঙৌ ফত্তবা মরৈ থাদোক্তুনা।। ১২

## গৌর-কৃপা-টীকা

১২। শ্রীগৌরাঙ্গ-নিত্যানন্দ অনিগী থৌজাল হৈবা পুকচেন ।সি অডকপনি হাঙ্গৈদুনা, ইবুংঙো অনিবু নীংননবগীদমক গ্রন্থকারনা মী পূম্নমকপু কৌদুনা হাঙ্গৈরি

ভগবানগী গুণ কযাম্রক্না জীববু চনাক্না চিংশিনবিই, অদুম ওইবা গুণশিং অদুগী মহুৎদা থৌজাল হৈবা হাঙ্গৈবা গুণ অসিনা পূম্নমক্কী অথোইবনি হাঙ্গৈনা নীংঙৈ থৌ-জাল-হৈবা হাঙ্গৈবা অসিনা জীববু ভগবানগী মফমদা চিংশিনবি। ভগবান্দি রসিক ওইবা যাই, রসকী মশকস্ম ওইবা যাই, তৌইগুম্বস্নুং ইবুংঙো মহাক্না থৌজানবিদবুনা মহাকপু খঙহনবিত্রবদি জীবগী করি কান্নগদগে? হৈ খাগোক অমুনবা অডাংবা অদু কান্নদি চাব ঙমদবনিনা য়েংদুনতা লৈ, অদুগুমনা ভগবান্না থৌজাল হৈবা পুকচেন-চেল্লমত্রবদি মশিংথীবা খমদবা গুণ চেল্লবস্ম জীবনা কনিস্ম কান্নবা ফংলোই, ইবুংঙো নহাকপু জীব-ন খঙবা ঙমহল্লী, ফংবা ঙমহল্লী। অসুম ওইবা থৌজাল অসি, অদুক্কী মতিক য়াম্না লৈব, লাই অদুনা (ভগবৎ-স্বরূপ অদুনা) জীবগী খমোইবু অদুকী মতিক কন্না চিংশিনবা ঙম্মী— অদুনা জীব-নস্ম চিংশিনবিরিবা লাই অদুব, যাম্না নীংজীংই। অসুম ওইবা থৌজালগী পুকচেন চেনবা অসি শ্রীশ্রীগৌর নিত্যানন্দ-না খ্বাই পূম্নমক্কী পূমহেন-হেল্লী, মরম অদুনা গ্রন্থকার—কবিরাজ গোস্বামীনা মী পূম্নমকপু কৌদুনা হাঙ্গৈরি—ফত্তবা-মরৈ থাদোক্তুনা নখোঙ্গ পূম্নমক গৌর-নিত্যাইবু নীংহো।

পয়ার অসিগী রা মচ্দিঃ শ্রীমন মহাপ্রভুগী যাথং মতুং ইন্না শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ-ভজন তৌবগা লোঙ্গনা-লোজননা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দ অনিবুস্ন ভজন তৌগদবনি, এসি হাঙ্গৈবনি।

যদি বা তার্কিক কহে তর্ক সে প্রমাণ।
তর্কশাস্ত্রে সিদ্ধ যেই, সেই সেব্যমান॥ ১৩
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদয়া করহ বিচার।
বিচার করিলে চিত্তে পাবে চমৎকার॥ ১৪
বহু জন্ম করে যদি শ্রবণ কীর্তন।
তবু নাহি পায় কৃষ্ণপদে প্রেমধন॥ ১৫

## অর্থ

তৈররাগ না হাঙ্গৈরিব্দি মশিংনা প্রমাণ।
তৈর তৌবদা ফংবা অদু নীঙ্গদবনি॥ ১৩
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজালদি-বিচারদা খঙ্গনি।
বিচার তৌরবদি পুক্কিং অংকপ ফংগনি। ৪
মপোক কয়াগুম নম তাত্তবা কীর্তন তৌবদা
পেমগীফল কৃষ্ণগী খুনদে ফংগী চঙ্গা ১৫

---

## গৌর-কৃপা-তাকা

১৪-১৫ কনাগুম্বনা তঙ্গম্মা হাঙ্গৈনকপা থেক্লবদি —"নংনা তেক হাঙ্গৈফগা গৌর-নিত্যানন্দবু নখিগী নীংলগনগে? শাস্ত্রগী মতু ইম্মা বিচার তৌ, বিচার তৌবদা গৌর-নিত্যানন্দবু শোইদনা নীংকম থোক্লবদি মথোঙ্গৈবু নীংবা যই।' মাগীগী পাংখৎদা গোস্বামীনা খুম্মী য়াম্মা ফরে, বিচার তৌ। কবস্বা লাই (ভগবৎ-স্বরূপ) নীংকম থোকপগে হাঙ্গৈবহু থরব। তাবনদি, কবস্বা লাইনা খাইদগী হেন্না থৌজাল চবা পুকচেন চেনবগে হাঙ্গৈনহু পুথোকপা। তাই (মথক্কী পয়ার ১২ গী টীকা যেংবিয়ু)। কৃপা যাম্মা তৌবিদীংবা, খাই পুম্মমক্কী হেন্না থৌজাল লৈবা অদুম ওইবা লাই অদুবু নীংফম থোকপনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী গুণাগী মরমদা বিচার তৌক্লবদি অঙকপা ফংগনি, উনা ফংগনি—ইবুংঙো মহাপ্রভু জীবদা কৃপা অমুক য়াম্মা তৌবিবা, থৌজাল হৈবা ফোংদোকপা অসি অতৈ কবিগুম্বা যুগ অমদা কনাগুম্বা লাই (ভগবৎ-স্বরূপ) অমত্তনা ফোংদোক-বিখিদ্রি।"

মথাগী পয়ার পুম্মমক্কা মথক্কী তাব অদু ফোংদোক্লক্লি।

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৫। শ্রীমন মহাপ্রভুগী অঙকপা কৃপা অহু ফোংদোকচরি—মাহুদি অসিনি। কৃষ্ণ-প্রেম হাঙ্গৈবসি ওহোয়না য়াম্না তাঙ্খ্রবনি; শ্রীমন মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিহুনা অহুম ওইবা য়াম্না তাঙ্খ্রবা কৃষ্ণপ্রেমসু, তোল্লবা মীচমদা ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা ফংহল্লী। মতৌ অসিদা জীবগী মফমদা ইকুংঙৌ মহাক্না অঙকপা কংনা কৃপা তৌবি হাঙ্গৈবহু ফোংদোকপনি। মতৌ করম্না অঙাওবা কৃপা প্রেমসু য়োঙবা ফংহনবাগে হাঙ্গৈবহু মথং-মথং ফোংদোকচরক্লি।

মীওইবগী মহুংদা মকোশানা মথল অনিগী মীওং হৈ—মথোঙ্গীগী মহুংদা মশাঙ্গা (বৈষ্ণবকী মফমদা লাল্লবগী পাপ) নত্রগা নামাপরাধ (কৃষ্ণগী মমিংদা নিন্দা তৌকবগী পাপ) লৈতবা কাংবু অমা অহুগা মরাল লৈবা কাংবু অমা অসিনি। মরাল লৈতবা কাংবু অসিগী মহুংদা অমুক মথল অনি থোক্লি—পাপ লৈতবা অমসুং ফত্তবা থবক্তা পুক্লিং চঙবা; পাপ লৈতবা কাংবুদি খুদম ওইনা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনচিংবনি—মথোঙ্গীগী থমোইদি অশেংবনি, মথোঙ্গীগী থমোই অহুদি ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা প্রেম ফংবা ঙম্মী। পাপী ওইবা কাংবুদি খুদম ওইনা জগাই-মাধাইনচিংবা মখোঙ্গী অহুদি—করিগুম্বা মরম অমগী অনুতাপ (অরাবা) পোক্লগা মত্রগা নামকীর্ত্তনচিংবা তৌবগা ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা মথোঙ্গীগী পাপ অহু কোকপা ঙম্মী, থমোইদা প্রেম ফাওবা ঙম্মী; মতৌ অসুম তৌহুনা অপরাধ (মরাল) লৈতবা মীগী মফমদদি কৃষ্ণপ্রেম অসি ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা ফংবা ঙম্মী; শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দনা করি করিগুম্বা মতমদা নীবু অনুতাপ (অরাবা) পোকহনকপা নত্রগা করিগুম্বা উপায় অমা তৌহুনা মথোঙ্গীগী থমোই শেংদোকপীরগা প্রেম পীবি। মতৌ অসুম তৌহুনা মরাল লৈতবগী বিচার ইথি-থিবিদনা মী পূমমকপু প্রেম পীবিহুনা মুংঙাইবা মনীং-থুংহল্লী (মতুংগী পয়ার ২৭ কী টীকাদা য়েংবিয়ু)।

পয়ার ১৫।১৬ তা ভক্তিনা ফংবদা অতাঙবা ওইবগী য়া হাঙ্গৈয়ি। ভক্তিনা ফংবদা রাবা অসি মথল অনি থোক্লিঃ—অহানবা মথলদা ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা ফংবা ঙমদবনা অসিনি, পুক্লিং ইচং-চংদনা (কাবক-কাবক) চহি লিশিং চামা সাধন তৌবনহু কৃষ্ণপ্রেম অহু লাঙ্গনা ফংবা ঙমদে। অনিগুবা মথলনা, ফংবা ঙম্মীদি হাঙ্গৈববু ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা ফংব ঙমদে। থম্মোইদা ভুক্তি মুক্তি পাম্নিবা মতম মথৈ কৃষ্ণপ্রেম ফংবা ঙমদে। "সাধনৌঘৈ-রনাসঙ্গৈরলভ্যা সুচিরাদপি। হরিণাচাশ্বদেয়েতি দ্বিধা সা স্যাৎ সুদুর্লভা ভ, র, সি, পূ, ১।২২।। পুক্লিং ইচং-চংদনা কাবক চহি লিশিং চামা সাধন তৌহুনা নেংলবগী মতমদসু ফংবা ঙমদে, অমসুং সাসঙ্গ সাধন তৌবনহু শ্রীহরিনা ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা পীদে মথল অনি

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে,
১ ল-লহর্য্যাল (১।২৩)

জ্ঞানতঃ সুলভা মুক্তিভুক্তির্যজ্ঞাদিপুণ্যতঃ।
সেয়ং সাধনসাহস্রৈর্হরিভক্তিঃ সুদুর্লভা ॥ ২ ॥

## গৌর-কৃপা টীকা

অসিনা কংবদি য়াম্না তাঙবনি।" যাম্না হৈ শিংবগা লোঙ্গননা সাধন তৌবা অহুব সাসঙ্গ কৌই। শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসতা হাঙ্গীরি—"ভূতশুদ্ধি-ব্যতিরেকে যথাবিধি অনুষ্ঠিত জপহোমাদিও নিস্ফল হয়। ৩। ৩৫।।" শ্রীশ্রীহরিভক্তি—বিলাসতা শ্রীপাদ সনাতন-গোস্বামীগী অপাম্বা মোং (মত) অমসুং ভক্তিসন্দর্ভদা অমসুং ভক্তিরসামৃত সিন্ধুগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীগী অপাম্বা মোংকী মচিদি অসিনি—য়াথম্না শেম্বা হকচাং (সিদ্ধদেহ=পার্ষদদেহ) নিংশিংহুনা, লাচ্চরিবা ঈশ্বর অহুগী মমাংদা সিদ্ধদেহ হাঙ্গবদি ঐগী মঞ্জরী অহুবু লৈহন্দুনা ইবুংঙো মহাকপু পেম্নবগী মরমদা শ্রীশ্রীনামকীর্ত্তনচিংবা পাংথোক্লি তৌরি হাঙ্গনা থম্নুনা নিংলিবা লাইনিং অহু সাসঙ্গ ভজন কৌই। মতৌ অসুম তৌহুনা সাসঙ্গগী লাইনিং মওং অসিগী মগুনা ঈশ্বরনা কৃপা তৌহুনা থমোইদা কৃষ্ণভক্তি নত্তনা অতৈ-অতোপ্পা অপাম্বা পুন্নমক কোকৃত্রবা মরম অহুদা থমোইদা ভক্তি পোক্লকনি, মাসিগী মমাংদদি ভক্তি পোক্তে। মরম অহুনা হাঙ্গরিবনি, সাসঙ্গ ভজনদসু "হরিভক্তি ইলাঙ্গ-লাঙ্গনা—পীদে—য়াম্না বুইশিল্লরুগা পীবি—থমোইদগী ভুক্তি-মুক্তি চংথি ত্রমথে ভক্তি কংবা ওমদে।" মতৌ অসুম তৌহুনা সাসঙ্গ তৌদবা লাই-মনিংদা, ঐগী ইশাগী মঞ্জরী (হাঙ্গবদি সিদ্ধ-দেহ) অহুনা এনা নীংজরিবা লাচ্চরিবা ঈশ্বর (উপাস্য-দব) অহুদগী এমাংদা লৈহন্দুনা ইবুংঙো মহাকী পম্নবগী মরমদা সেবা তৌগে হাঙ্গনা য়াথন তৌদবদি অরেম্বা ওইরে—মাহুনা কম্বিংত্রা মতমদা হরি ভক্তি কংনদ, প্রেম কংবা ওমদে। অসুম ওইবা প্রেম কংবা ওমদবা লাইমনিং আসবু নীংশিংলুহুনা হাঙ্গরিবান মপোক কয়ামুক নামতাবা দান-নচিংবা-মপোক কোটি কোটিরক ফাওবা পুক্লিং থম্নাইবু য়াওনা লাইনীংত্রনদি নাম তাদা, কীর্ত্তন তৌবনচিংবা ভক্তি মখন মাপন তৌগ্রহুনসু শ্রীকৃষ্ণ চরণগী প্রেম কংপা ওমদে, কৃষ্ণভক্তি কংবা ওমদে।

পযার অসিগী প্রমাণ ওইনবা মথাদা "জ্ঞানতঃ সুলভা মুক্তি" নচিংবা শ্লোক এমতং থেচ্চর্য়, মাসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী শোক্লি অমসুং লাইনীংবদা থবাক চংত্রবদি হরিভক্তি কম্নিসু কংনা ওমদে হাঙ্গবহুগী প্রমাণ ওইননবা হাঙ্গহুনা অম্রগী শ্লোক অসি ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা থেংথিননি।

শ্লো। ২। অন্বয়। জ্ঞানতঃ (জ্ঞাম্না—জ্ঞান মার্গ সাধনা) মুক্তিঃ (মুক্তি - অয়ান—থুবম কংবা) সুলভা (ইয়াঙ্গ-লাঙ্গনা ফংবা, অহোওবা), যজ্ঞাদি-পুণ্যতঃ (যজ্ঞনচিংবা

কৃষ্ণ যদি ছুটে ভক্তে ভুক্তি মুক্তি দিয়া।
কভু প্রেমভক্তি না দেয় রাখে লুকাইয়া॥ ১৬

অর্থ :—

মনাইদা ভুক্তি মুক্তি পীরগা তোকথি কৃষ্ণনা।
করিগুম্বদা প্রেমভক্তি পীদে থমই লোত্তুনা॥ ১৬

---

## গৌর-কৃপা টীকা

অকবা থবক্তা ) ভুক্তি ( স্বর্গনচিংবা ফংবা ) [ সুলভা ] ( অহোঙবা ), সেয়ং ( অহুম ওইবা ) হরিভক্তি ( প্রেম ভক্তি ) সাধনসাহস্রৈঃ ( সাধন লিশিং অমা তৌহনসু ) সুদুর্লভা ( য়াম্না অতাঙবনি )।

অনুবাদ। জ্ঞানী ইমাঙ-লাঙনা মুক্তি ফংবা ঙম্মী ; যজ্ঞনচিংবা অকবা থবক তৌবনা লাঙনা স্বর্গনচিংবা-ভুক্তিসু ফংই ; তৌইগুম্বসুং হরিভক্তি অসি ফংবদি সাধন লিশিং-লিশিং তৌবনসু অতাঙবা ওই ( লাঙনা ফংদে )। ২

জ্ঞানতঃ—জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌদুনা ; জীব অমসুং ব্রহ্ম খেন্নবা লৈতে হাঙনা সাধন তৌবা। মুক্তি—সাযুজ্য মুক্তি। যজ্ঞাদিপুণ্যতঃ—যাগ-যজ্ঞনচিংবা পুণ্যকর্মসা (অকবা থবক্তা); কর্মমার্গ চংপনা। ভুক্তিঃ - ভোগ ; চাবা ; ফংবা ; ইন্দ্রকী মপোক্কী নুংঙাইবা ফংবা, ইন্দ্রং-মুক্কী মপোক্কী স্বর্গনচিংবা ফংবা। জ্ঞান মার্গ সাধন তৌবদা মুক্তি ফংই, কর্ম-মার্গ সাধন তৌবনা ভুক্তি ফংই—মাসিসু সাসঙ্গ সাধন-নি, থরাই য়াওদনা তৌবা সাধন অদুদি মুক্তিসু ফংবা ঙমদে, ভুক্তিসু ফংবা ঙমদে। জ্ঞানমার্গ চংলগা মুক্তি ফংই হাঙৈরিবসি ভক্তি য়াওত্রবদি মুক্তি ফংবা, কর্ম তৌবসু ভক্তি যাওত্রবদি ভুক্তি ফংবা ঙমদে। মরম অদুনা ভক্তিগা লোঙৈনবা জ্ঞান মার্গ অমসুং কর্ম মাগ বু অকবা সাধনগী মহুং চঙ্গী। ইয়ং হরিভক্তিঃ—হরি ভক্তি অসি ; মতম কুইনা ভক্তি সাধন তৌরক্তুনা কৃষ্ণপ্রেম পোক্লকবা অদুবু মকম অসিদা হরিভক্তি হাঙনা খঙনরে। সাধন সাহস্রৈঃ—সাধন লিশিং লিশিং তৌদুনসু। মকম অসিদা সাধন হাঙবা অসিনা খঙনরিবদি শ্রীহরি ফংননবগী মরমদা হোৎনরিবা থৌরম অদুবু খঙনৈ। অদুনা শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংববু খঙনৈ। সুদুর্লভা—থরাই য়াওনা হোৎনরগা য়াম্না তাঙনা ফংবা অদুগা থরাই য়াওত্রবদি শুকফং ফংত্রবা ওইবা। থাজৈশেংনা লাইবু—শ্রীকৃষ্ণবু নীংলগে হাঙনা পুক্নিং হকচাং যুংনা নীংদুনা শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা তৌত্রবদি ইচম-চম্না মপাম্ভোংদা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবনসু হরিভক্তি ফংদে, প্রেম ফংবা ঙমদে।

১৬। হরি ভক্তি ফংবদা অতাঙবা ওইবগী মরম অহানবা মথল হাঙৈথরে, হৌজিক মথল অনিশুবা হাঙৈজরি।

তথাহি (ভা, ৫।৬।১৮)—
রাজন পতিগুরুরলং ভবতাং যদূনাং
দৈবং প্রিয়ঃ কুলপতিঃ ক চ কিঙ্করো বঃ।
অস্ত্বেবমঙ্গ ভগবান ভজতাং মুকুন্দো
মুক্তিং দদাতি কর্হিচিৎ স্ম ন ভক্তিযোগম্ ॥ ৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

তোকখি—সাধক্লা, মহাক্লা নীংজবা পামজবা পোৎ পুন্নমক ফংলে হাঙ্গনা পুক্লিংনা নীংহ্না শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবহু তোক্লরবদি লেপ্লুরবদি শ্রীকৃষ্ণনা সাধক অহুদা মুক্তিভুক্তি পীরগা তোকখি, পোথাখি। ভক্তি—হৃদকী মপোক অসিদা ম্লুংঙ্গাইবা ফংবা হৃয়েমূকী মপোক্লা খর্গনচিংবা ম্লুংঙ্গাইবা যংবা মুক্তি—সালোক্যনচিংবা মুক্তি।

পয়ার অসিগী মা মচংদি অসিনিঃ—ভক্ত অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদগী ভুক্তি মুক্তি ফংলগা পেল্লহ্না লৈজরবা—মাহুনা মহাকী নীংজবা পামজবা পুন্নমক থুংলে হাঙ্গনা নীংহুনা লৈরবা, অহু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু ভুক্তি-মুক্তি অহু পীরগা চংথরে, ভক্ত অহুদা অমুক প্রেম ভক্তি পীবিদ্রে। মবমদি, মী অহুগী থমোইদা ভুক্তি মুক্তিবু পাম্লিবা মথৌদি অহুম ওইবা থমোই অহুদা ভক্তি পোকপা ঙমদে, ভক্তি ভুঙবা মঙদে। "ভুক্তিমুক্তি-স্পৃহা যাবৎ পিশাচী হৃদি বর্ত্ততে। তাবদ্ ভক্তিসুখস্যাত্র কথমভ্যুদয়ো ভবেৎ ॥ ভ,র,সি।১।১৫॥" মরম অহুনা ভুক্তি মুক্তি ফংলগা পেল্লবা অহু ওইরবদি হৈলাঙ্গ-লাঙ্গনা থগুলে—মথোঙ্গগী থমোইদা ভুক্তি মুক্তিনা ঙান্দুনা লৈরে), অহু ওইরবদি মথোঙ্গ অহুনা প্রেম ভক্তি ফংদ্রে। তৌইগুমসু, মথোঙ্গগী থমোইদা ভুক্তি মুক্তিগী অপাম্বা লৈত্রবদি অমস্নুং ভুক্তি মুক্তি ফংলগা পেল্লুনা লৈত্রবদি অহুগা শ্রীকৃষ্ণনা ভুক্তি মুক্তি পীবিগে হাঙ্গরবস্নু মথোঙ্গনা লৌত্রবদি—মথোঙ্গ অহু ইশোঙ্গ-শোঙ্গদনা প্রেমভক্তি ফংবা ঙম্লে।

পয়ার অসিনা উহল্লিবদি ভক্তখিবিক অহুনা ভুক্তি-মুক্তিবু পাম্লিবা মথৌদি প্রেম ভক্তি ফংযে; "আত্ত-অদেয়া রূপ সুদুর্লভা ভক্তি"—ফংদি ফংই হাঙ্গববু হৈলাঙ্গ-লাঙ্গবা নত্তে—ভুক্তি মুক্তিগী অপাম্ব কোকৃত্রবা মতুংদা ক,বনি। পয়ার অসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা থাজচ্চত্রি।

শ্লো। ৩ অন্বয়। রাজন (হে মহারাজ পরীক্ষিৎ)। মুকুন্দঃ (শ্রীকৃষ্ণ) ভবতাং (নথোঙ্গগী)-পাণ্ডবকী) যদূনাঞ্চ (অমস্নুং যদুশিংগী) পতিঃ (ভাকপিবা মপু) অলংতক

## গৌর-কৃপা-টীকা

(পাওতাক পীবিবা), দৈবং (নীংজরিবা মবুংতো) প্রিয়ঃ (চান্নবা মরূপ) কুলপতিঃ (শাগৈগী মপু), কচ (কন্নিগুম্বদস্থু) বঃ (নখোঈগী-পাণ্ডবশিংগী) কিঙ্করঃ (পাখোন চংপগী থবক্তা য়াথং ইনবা মীনাই ওই) অঙ্গ (হে অঙ্গ)! এবং (মতৌ অদুগুম্বা) অস্ত (ওইরবস্থু); [তথাপি সঃ] (অদুম ওইনমক অদুম ওইবা) ভগবান (ভগবান শ্রীকৃষ্ণ) ভজতাং নীংলিবা মী-শিংগী) মুক্তিং (মুক্তি) দদাতি (পীনবি) কর্হিচিৎ (তৌইগুম্বগুং কন্নি কন্নিগুম্বদস্থু) ভক্তিযোগং (ভক্তিযোগ—প্রেম ম ন (পীবিদে)।

অনুবাদ। হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা নখোঈগী (পাণ্ডবশিংগী) অমসুং যদুশিংগী ঙাকপীবা মপু, নীংজরিবা মবুংতো, চান্নবা মরূপ-অমসুং শাগৈগী মপু ওই; কন্নিগুম্বদস্থু পাখোন চংপগী থবক্তা নখোঈগী (পাণ্ডব-শিংগী) য়াথং ইনবা মীনাই ওই; মতৌ অসুম তৌরবস্থু নীংজরিবা মী-শিংবু মুক্তি পী-বিদে। ৩

শ্লোক অসি শ্রীশুকদেব মুনিনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মমমদা হাঈরবনি। যদুশিংগী অমসুং পাণ্ডবশিংগী প্রেমভক্তিগী গুণা শ্রীকৃষ্ণনা মখোঈগী মখা পোনথরে, মখোঈগী মমমদা মমম য়াওদনা য়োম্বোকপগুম তৌখরে—মতৌ-অসি শ্রীকৃষ্ণনা মী পূম্বক্রুদি তৌদে; ইবুংতো মাতোন্দা নীংজরিবাশিং অদুগী মমমদা সালোক্যনচিংবা মুক্তি পীবি; তৌইগুম্বগুং প্রেম ভক্তিদি কন্নি কন্নিগুম্বদস্তু পীবিদে; কর্হিচিৎ ন দদাতি—বাহৈ অসিগী টীকাদা শ্রীজীব গোস্বামীনা হাঈ—"কর্হিচিন্নদদাতীত্যুক্তেঃ কর্হিচিদ্দদাতীত্যায়াতি; অসাকল্যেতু চিচ্চনৌ"—চিৎ এবং চন প্রত্যয় অসাকল্যে প্রযুক্ত হয়; মমম অদুনা কর্হিচিৎ-বাহৈ অসিনা "মতম পূম্বমকপু থত্তনদে—শ্রীকৃষ্ণনা মতম পূম্বমক্তা মনাইশিংদা (মাবু মীংজরিবাশিংদা) প্রেম-ভক্তি শুকপী পীদে হাঈবা নত্তে; কন্নিগুম্বদস্থু পীবি, কন্নিগুম্বদস্থু পীবিদে—বাসিনা কর্হিচিৎ বাহৈদগী থত্তবা শুম্মী। অদু ওইরবদি কন্নবা মতমদা পীবি? সাধন-ভজন কম্না তৌশিন্নরুগা থমোইদগী ভুক্তি-মুক্তি তাম্বোকখ্রগা মনম কাওবা লৈরব্রা মতম অদুদা নীংজরিবা ভক্ত অদুদা প্রেমভক্তি পীবি; তৌইগুম্বগুং ভুক্তি-মুক্তি পান্নিবা মখোদি পীবিদে। সাধন-ভজন তৌদবশিং অদুস্থু প্রেমভক্তি পীবিদে।

হেন প্রেম শ্রীচৈতন্য দিল যথা তথা ।
জগাই মাধাই-পর্য্যন্ত অন্যের কা কথা ॥ ১৭

অর্থ :—

অসুম্বা প্রেম'সি চৈতন্যনা মী খুদিংদা পীরে ।
করি হাঙৈখিনি, জগাই মাধাই-কাওবদা পীরে ।। ১৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৭। অসুম্বা প্রেম'সি—অসিগুম্বা য়াম্না তাওথ্রবা প্রেম অসি, থৱাই হকচাং য়াওনা নীংথ্রবদি ফংদে অমসুং ভুক্তি মুক্তি পাম্লিবা মথৈদি থৱাই য়াওনা নীংতম্ব ফংদে। মী খুদিংদা থেংন-থেংনরবা মীপুম খুদিংদা, মকম খুদিংদা—ইনাক খুনবা লাইরবা, পণ্ডিত মূর্খ, মুপী নীপা, মুপীমচা নীপামচা, শাগৈ জাং ফবা-ফত্তবা, হিন্দু-হিন্দুনত্তবা, পাপী পুণ্যাত্মানচিংবা করিগুম্বা অমত্তা বিচার ইতৌ-তৌদনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা অসুক তাওথ্রবা প্রেম অসিবু মী পুম্নমক্তা দান তৌবিরে (পীবিরে)। নামাপরাধ মত্রগা বৈষ্ণবপরাধ (বৈষ্ণবকী মকমদা লান্নবা) লৈরবদি প্রেম ফংবা ঙমদে। অসুম ওইবা অপরাধ (মরাল) লৈবা মখোঙ্গী অহুবু মতৌকরম্না প্রেম পীনিগে, হাঙৈবা অহু মথাগী পয়ার ২৭ কী টীকাদা য়েংবিয়ু। মকম অসিদদি মরাল লৈতরা মী-শিংনা প্রেম ফংবগী য়াত্তবক হাঙৈরে হাঙৈনা নীংজে; জগাই—মাধাইগী খুদমদগী থত্তনরি; জগাই—মাধাই য়ামা ফত্তবা মী ওংপা মী ওইরম্মী, তৌইগুম্বসুং মখোঙ্গী নামাপরাধনচিংবা লৈরমদে হাঙৈনা কোংদোকই। মখোঙ্গী হাঙৈববু ফত্তবা, থবক পুক্নিং চঙশম্মী, মখোঙ্গী থমোইদা অকনবা অনুতাপ (সুংত্তাইরক্তবা অরাবা) নচিংবা পোকহন্দুনা নত্রগা অতোম্বা উপায় অমা তৌহনা মতম থরদংগী মসুংদা মখোঙ্গী থমোইগী ফত্তবা য়াথন অহু কোকহন্দুনা মখোঙ্গী থমোই অহুদা প্রেম ফাওরকপদা মতিক চাহল্লী অমসুং মখোঙ্গবু প্রেম পীবি। ১।৭।২১ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। জগাই-মাধাই কাওবদা—জগাই-মাধাই অনি অসি মচিন-মনাওনি, ব্রাহ্মণ মচানি; মহাপ্রভুগী মতমদা মখোঙ্গ নবদ্বীপতা লৈরম্মী। মখোঙ্গপা মাম্নবা ফত্তবা থবক তৌবা মী লৈরমদে; মতম পুম্নমক্তা মী ওংতুনতা লৈ, অহুম্নদি ওইরগা বৈষ্ণব অপরাধ লৈরমদে। শোংমদি শ্রীমন মহাপ্রভুগী য়াথং মতুংইন্না শ্রীনিত্যাইচাঁদপা শ্রীহরিদাস ঠাকুরগা মখোঙ্গ অনি, যু-ঙাওবা জগাই মাধাই অনিগী মনাক্তা চংলুই; মাহুদা অত্তাওবা অনিগী মরক্তা অমনা শ্রীনিত্যাইচাঁদগী মকোক্তা চফুনা কম্না থাদতুনা কোক কাইরে; ঐ য়াম্না থোক্রে, অহু কাওবদা নিত্যাইচাঁদ শাউদে; পাও অসি শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা তাভুনা, চেক্রতুনা, অশাউবগী মওং ঐশ্বর্য্য থজিত্তং উৎংলি।

স্বতন্ত্র ঈশ্বর—প্রেম নিগূঢ়—ভাণ্ডার।
বিলাইল যারে তারে, না কৈল বিচার॥ ১৮

অর্থ :—

অথুপ্পা প্রেম ভাণ্ডারবু স্বয়ং ভগবানগা।
মীপুম খুদিংদা য়েংহোকপিরে বিচার তৌদনা॥ ১৮

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৮। হংবিধা য়াই—শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীচৈতন্যগা থেমদবা পোং অমত্তা ওইরগা : অতাওবা অথুপ্পা প্রেম অসি শ্রীকৃষ্ণনদি বিচার ইতৌ তৌদনা পীবিরমক্রগা শ্রীচৈতন্যনা কমিগী পীরিবনো? মাহং অসিগী মরমদা চিংনেহনা হাঈজরি—ইবুংঙো মহাক্তি মনীং তথা স্বয়ং ভগবাননা তৌনীংবতা তৌই। স্বয়ং ভগবান—মনীং তথা ঈশ্বর। অথুপ্পা হাঈকরিবগী মরমদি অসিনি, শ্রীকৃষ্ণ লীলাদা অস্তুম ওইবা প্রেম ভাণ্ডার অসি (আশ্রয় জাতীয় প্রেম ভাণ্ডার অসি) শ্রীকৃষ্ণগী মকমদস্থ য়ায়। অতাওনা ওইরম্মী—ইবুংঙো মহাক্তি মনীংতথা ঈশ্বরনিনা অওকুপা-রস চুপকে হাঈংগী মরমদা প্রেম ভাণ্ডারগী মপু ওইরম্বা অদু মমংদাই থুগীনা থাদোকহুনা অতোপ্পগী (শ্রীরাধাগী) মথুক্তা শিন্নরম্মা। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা বিচার ইতৌ তৌদনা প্রেম য়েংহোকপা ঙমদে। তৌইগুম্মস্থং মনীং তৌবা ঈশ্বরনিনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইরগা প্রেম ভাণ্ডারগী মপু ওইনা অদু মথুংনা লৌশিন্নগে হাঈনা থম্বুনা লৌশিন্নে, লৌশিন্নবনিনা আশ্রয়জাতীয় প্রেম (রাধা প্রেম) অদু মনীং থুংনা চাগে। প্রেমগী মহাও অদুদা অওকপা ফংগ্রহনা শুমহৎস্রে, মী পুম্নমকপু প্রেমগী মহাও অদু থওহন্নীংবনা হুংবেংনথরে। শ্রীকৃষ্ণ ওইনা আশ্রয় জাতীয় প্রেম অদুগী অওকুপা মহাও অদু মপুং ফানা থওবা ঙমদবা মরম্মা মী খুদিংমক্তা য়েংহোন্নীংবগী খোরাংবস্থ মতম অদুদা পোক্লমদে; শ্রীগৌরাঙ্গ ওইরগা য়েংহোন্নীংবগী খোরাংবা অদুনা হুংবেংনহুনা তাওহনা মহাক্না বিচার ইতৌ-তৌদনা আশ্রয় জাতীয় প্রেম অদু সাধারণগী মী খুদিংদা য়েংহোকপিরে।

মথক্তা নৈনরিবা অসিদগী থওবা ওন্নিবদি :—মনীংতথা ঈশ্বর ওইবনা শ্রীকৃষ্ণনা আশ্রয় জাতীগী প্রেম (মনাই ওইবগী প্রেম) ভাণ্ডারগী পো অদু (মপু ওইবা অদু) মশা মাঙোন্দা থমদহুনা শ্রীরাধাগী মথুক্তা শিন্নহন থম্মী, অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ইবুংঙো

## গৌর-কৃপা-টীকা

মহাত্মা প্রেম অসি পীবিবা ঙম্লমদে, মশানস্থু চাজবা ঙম্লমদে, চাবা ঙমদবা মরম অহুনা অঙকপা কংনা হাঙবা মহাও অহ্ মপুংফানা থঙবা ঙমদহুনা, মী খুদিংমক্তা য়েঙ্গোক্লীংবগী অপাম্বা অহ্ পোক্লমদে। তৌইগুমস্লুং শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইরগদি ইবুংঙো মহাত্মা অহুম ওইবা প্রেম ভাণ্ডার অহুগী মপু ওইবগী থৌরম অহ্ লৌশিন্নহুনা চাবা ফংলে অমস্লুং অঙকপা মহাও লৈবা অহুদা ঙমহংগ্রহুনা মীপুম খুদিংমক্তা মাহু য়েঙ্গোক্লীংবনা লাংতক্লবা অহ্ থাম্বা ঙমদে—ভাণ্ডারগী মপু ওইবা অহু মখুত্তা লৈরবনিনা মীচোন্দা পীথোক্পদা কন্নিস্থু অপনবা লৈখিন্রে। জীবগী থমোইদা বিধিগী মতুংইন্না প্রেম ফজদবদা থর অপনবা ( মতিকচাদবা ) ওইরবহু শ্রীমন মহাপ্রভুগী অঙকপা, রাথম্না লাম্বা ফংদবা শক্তিগী গুণ্না কোক্হন্দুনা বিচার ইতৌ-তৌদনা ( মতিক চাই-চাদে হাঙ্গবা ইয়ে-য়েংবিদনা ) পুন্নমকপু প্রেম পীখিরে। মুতাং অসিগী অহানবদা ( অহানবা শ্লোক অমস্লুং পয়ার ৪—৬ তা ) অঙকপা, রাথম্না লাম্বা ফংদবা শক্তিগী মর.দা থন্না হাঙ্গজথরে; থাজৈশেংবমক প্রেম য়েনবিবগী মওং অসি ম্নান্না থৌজাল হৈরবা মহাপ্রভুগী রাথম্না লাম্বা ফংদবা অঙকপা থৌদো অমনি। জীব-না প্রেম ফংবগী মবমদা মশাগী মুংঙাইবা পাম্নবস্থু ফংবা ঙমদে অহুগা মরাল ( পাপ ) লৈরবস্থু প্রেম ফংবা ঙমদে, য়েথাইবা পুন্নমক অসি অঙকপা শক্তিনা কোক্হনথরে, শ্রীকৃষ্ণ অবতারদস্থু অস্নুম হাপ্না অঙকপা কৃপা কোংদোকপিবগী রা তাদে। মাহুগী মরমস্থু লৈরমগনি হাঙ্গনা নীংঙী; কৃপা তৌবিহুনা প্রেম পীবিগে হাঙ্গনা নীংলক্পদা ভক্ত অহুগী থমোইদা আশ্রয় জাতীয ভক্তি লৈরম্নগদি প্রেম অহু কোংদোকপা ঙম্মী ( কৃপা নত্তনা কন্নিগুম্বা থব-া ভক্তি ওইদে ), আশ্রয় জাতীয়া ভক্তি লৈতবা মফম অহুদদি প্রেম পীবিনীংবগী কৃপাস্থ লৈতে শ্রীকৃষ্ণদা বিষয়-জাতীয়া ভক্তি, প্রেম লৈরম্মী। আশ্রয় জাতীয়া ভক্তিদি মপুং ফানা লৈরমদে; মরম অহুনা থৌজানবিনীংবগী শক্তি অহুস্থু মপুংফানা কোংদোক্তে। তৌইগুমস্লুং শ্রীগৌরাঙ্গদদি আশ্রয়-জাতীয়া ভক্তিগী মন্না ওইবা তুংনফম ওইরম্মী; মরম অহুনা প্রেম য়েনবগী-মরমদ থৌজানবিনীংবগী শক্তি অহু মপুংফ'না কোংদোকই অমস্লুং জীবগী থমোইদা প্রেম ফংজগদবদা য়েথাইবা লৈরম্বা অহুস্থু কোকথোকপী।

য়েঙ্গোকপিরে বিচার তৌদনা—অফবা মী, মরাল লৈবা-লৈতবা অসিনচিংবগী বিচা র ইথি-থিবিদনা মী পুন্নমক্তা প্রেম পীবিরে।

মরাক লৈবা মীদা মতৌ কন্না প্রেম পীবিকদে হাঙ্গবহু কোংদোকম্নরি।

অদ্যাপিহ দেখ চৈতন্য নাম যেই লয়।
কৃষ্ণপ্রেমে পুলকাশ্রুবিহ্বল সে হয়॥ ১৯
'নিত্যানন্দ' বলিতে হয় কৃষ্ণপ্রেমোদয়।
আউলায় সর্ব্ব অঙ্গ, অশ্রু-গঙ্গা বয়॥ ২০

অর্থ :—

ঙসি ফাওবদা য়েংবিয়ু—চৈতন্য নাম শোনবদা।
মীহু ঙাওহনা তু-চুংই পি অমাই কৃষ্ণ প্রেমদা॥ ১৯
'নিত্যানন্দ' শোনজবদা কৃষ্ণ প্রেম পোকই।
গঙ্গাগী ঈচেল্লোনা পিনা হকচাং লুপই॥ ২০

গৌর-কৃপা-টীকা

১৯-২০। মথক্কী পয়ারদা হাঙ্গিথরে, শ্রীমন মহাপ্রভুদি মনীং তম্না ঈশ্বর ওইবনা ঐথোয়গী য়াথঙ্গা লাপ্না ফংনবা মহাক্কী শক্তিগী গুণা মী পুম্নমক্তা প্রেম পীবিরম্মী। মতুংদা অমুক মতাং ৯।১২ শুংদা প্রেম কল্পতরুগী মরমদা শীংথাবদগী খঙবা ঙমী—মহাপ্রভুনা বিচার ইথি-থিবিদনা প্রেম য়েনবিরম্মী, তৌইগুবসুং ভক্তি কল্পবৃক্ষগী মসা-মরেংগী মশক ওইবা লোঙ্গনবা অমসুং তুংইনবা ভক্তশিংনসু বিচার ইতৌ-তৌদনা প্রেম য়েনবিবগী শক্তি অসি প্রভুনা মখোঙ্গদসু পীবিরম্মী। মরম অদুনা মহাপ্রভুনা কোংনা লীলা শারম্বিবা মথৈ, মহাক অমসুং মহাক্কী লোঙ্গনবা অমসুং তুংইনবা ভক্তশিংনা বিচার ইথি-থিদনা প্রেম য়েনবিরম্মী, তৌইগুবসুং মহাপ্রভুনা থুপথ্রবা মতুংদসু প্রেম কল্পবৃক্ষগী মসা মরেংগী মশক ওইবা লোঙ্গনবা পুম্নমক অমসুং তুং ইনজবা ভক্ত লৈরম্মী, প্রভুগী অহানবগী য়াথংগী মতুং ইন্না মখোঙ্গনা মতম অদুদসু বিচার ইতৌ-তৌদনা প্রেম য়েনবিরম্মী। পয়ার অসিদা মাহুগী ইঙ্গিৎ কই।

ঙসি ফাওবা—হৌজিক্সু। লাইরিক লেংলিবা মতম অদুগী য়া, হাঙ্গবদি কবিরাজ গোস্বামীগী মতমগী য়া হাঙ্গরিবনি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত ইবগী মতম অদুদসু প্রেম কল্পবৃক্ষগী মসা-মরেংগী মশক ওইবা কনা-কনাগুম্বা ভক্ত লৈরম্মী, মখোই অদুগী কৃপানা মতম অদুদসু মনাইবক ফবা মী অমাবা শ্রীভগবংকী নাম হেক শোনবদা প্রেম ফংলম্মী।

কৃষ্ণনাম করে অপরাধের বিচার।
'কৃষ্ণ' বলিলে অপরাধীর না হয় বিকার॥ ২১

অর্থ :—

কৃষ্ণ নাম-না মরাল লৈববু তৌই বিচার।
নাম শোনবদা, পাপ লৈবা মীদি, কাওদে বিকার॥ ২১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

২১। মরাল লৈরবা মীশি (অপরাধীর) থমোইদা কৃষ্ণনাম শোনবদা। ইলাঙ্গ-সাঙ্গনা মহৈ য়ানবা ওমদে, মাহু পয়াম অসিদা হাঙ্গজরি।

পাপ লৈবা মীদি—অপরাধ লৈবা মীদি, অপবাধ মথল অনি শুই, সেবাপরাধ অমসুং নাম-অপরাধ। কনাগুম্বনা শ্রীমন্দিরদা চৎপা মতমদা খোংউপ খুরুম ত্তোংহুনা মত্রগা গাড়ী ত্তোংহুনা চৎপনচিংবা মথল কয়ামুক্কী সেবাপরাধ লৈ, শ্রীমূর্ত্তিগী সেবা পূজা-সচিংবা ত্তৌবদা হৈনীংদবা থবাই য়াওবা য়াংপা থবক মথৈ সেবাপরাধগী মসুং চদ্রী, বিত্তিগী ত্তোত্রনচিংবা পাবা নত্রগা নাম শোন্নগা সেবাপরাধ কোকই, মাসি অত্তুক য়াংম্না লুবা মরম নত্তে। ত্তৌইগুমসুং নামাপরাধদি ইলাঙ্গ-সাঙ্গনা কোক্কে, নামাপরাধ লৈবা মীদি ঈশ্বর নীংজগে হাঙ্গনা হোৎনজরকপদা য়ৈথাঙ্গবা য়াম্না লাকই।

সেবাপরাধ থরা ইজরিঃ

১। শ্রীভগবানগী মন্দিরদা চংপা মতমদা খোংউপ ত্তোংবা গাড়ী ত্তোংবা য়াদে। ২। দোলযাত্রা (য়াওশং) জন্মাষ্টমী (কৃষ্ণজন্ম-রাধাজন্ম) নচিংবগী উৎসব শ্রবণ-কীর্ত্তন চত্তবা হৌনদে। ।৩। শ্রীভগবান উরগা খুরুমদবা ।৪। হকচাং মাংলিত্তৈদা শেংদোক্রিত্তৈদা ভগবান দর্শন ত্তৌকদে। ৫। খুৎ অমত্তনা খুকত্বা য়াদে। শ্রীভগবানগী মমাংদা মথাদা ইরিবা খৌরমশিং অসি ত্তৌবা হৌনদে। ৬। লাই-কোঙ্গবা মতমদা লাইগী মমাং য়ৌরকপা মতমদা অমুক্তং হকচাং লৈরমগনি কোঙ্গসিন্নমদনা কোঙ্গবা হৌনদে।, ৭। খোং তিং-খোকপা, ৮। খুত্ত পুনবা, ৯। তুম্বা, ১০। চাবা, ১১। মীনম্বা য়া ত্তাংবা ১২। য়া লাউনা ত্তাংবা, ১৩। অমগা অমগা য়ারী শাবা, ১৪। হা ইমা হা পাবা হাঙ্গহুনা বঙ্গা, ১৫। থংজবা, ১৬। কনাগুম্বা অমদা মুংত্তাইত্তবা পীবা, ১৭। কনাগুম্বা অমবু মুংশিনা ত্তৌব,

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৮। কনাগুম্বা অমদা মুংশিংহনবা না হাঙ্গৈবা, ১৯। কম্বস না হকচাং কুপশিনবা, ২০। অতোপ্পা মীবু নিন্দা তৌবা, ২১। অতোপ্পবু থুকপা, ২২। রাহৈ অথীবা ভাংবা, ২৩। হকচাংগী খাদোমদা মুংশিং চংহনবা—পূর্ণক অসি ভগবানগী মমাংদা তৌকদে; তৌরবদি অপরাধ (পাপ) ওই; ২৪। পাঙ্গল লৈন-লৈনা ভগবান পূজা তৌবদা শক্তপা তৌবা হাটবদি পোৎচং ইয়াও য়াওদনা তৌবা, ২৫। ভগবান্দা কৎভবা পোৎ চাবা, ২৬। মতম মতমগী মতুংইন্না মহৈ-মরোং, উহৈ-রাহৈ কৎভবা, ।২৭। করিগুম্বা পোৎ অমগী শকক থগা অহানবদা অতোপ্পা থবক মরম অমদা থগা শিজিন্নপ্রগা অরেপ্পা অহ্ ঈশ্বরদা কৎপা, ২৮। ভগবানবু ভুংওইনমা কম্বা, ২৯। ভগবানগী মমাংদ লৈরগা অতাপ্পা কনাগুম্বা অমবু থুকপা, ৩০। গুরুদেবগী মমাংদা স্তবনচিংবা তৌদবা, ৩১। ইশাবু ইশা ইতোমতমা থাগৎপা, ৩২। লাইবু নিন্দা তৌবা। পূর্ণক অসি লংঙশিনবা—অপরাধ ওাকনি। গন্ধ মালা কত্রিংওদা ধূপ হান্না কৎপা হৌনদে; কেরাসিদগী থাওবৈ কৎপা অসিসু অপরাধ (পাপ) অমনি, অসিনচিংবা অপরাধ কুহ্রানিথোই অমসু লৈরি, মাতুদি ইজম্রে।

নামাপরাধ মথল তরা থোক্লা লৈ মাতুদি,—১। সাধুনিন্দা, ২। শ্রীনারায়ণগী নাম গুণী শ্রী শিবগী নাম গুনা তোংভান্নী হাঙ্গৈনা খনবা, ৩। গুরুনা হাঙ্গৈবা ইন্দবা থৌশাদবা, ৪। হরিনামগী অর্থ শাজিন্দুনা তৌবা, ৫। বেদনচিংবা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা, ৬। নাম শোন্নগা পূর্ণক কোকনি হাঙ্গৈনা খন্দুনা পাপকী থবক্তা মায়-ওন্সিনবা ৭। ধর্ম, ব্রত, দান, হোমচিংবা অকবা থবকশিং অসিগা নামগা মান্ন হাঙ্গৈনা থনবা, ৮। ঈশ্বরবু থাজদবা মীদা নাম-শোন্নবা পাওতাক পীবা, ৯। নাম তবা মতমদা পুক্নিং-চংদহুনা ঐগী হকচাংনা মরুনি হাঙ্গৈনা খনবা, ১০। ঐগী লন-থুম-ইচা ইগুগী মরমদা থন্নাই য়াওপ্রবা মী অহস্ নামগী মফমদা অপধার লৈরবনি। পয়ার ২।২২।৬৩ গী টীকাদা শন্দোক্লা লৈখয়ে। সেবা অপরাধ অমসু নামাপরাধ নত্তগা অপরাধ অমসু, লৈবি, মাতুবু বৈষ্ণবাপরাধ হাঙ্গৈনা খঙৈ। বৈষ্ণবকী মফমদা লান্নুন্নবদি লাইথুং থুংই। ১।৮।২৭ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। কনাগুম্বা বৈষ্ণব অমদা লাল্লুবা অহ্ বৈষ্ণবাপরাধনি (পয়ার ২।১৯।১৩৮ গী টীকাদা য়েংবিয়ু)। নামাপরাধ লৈরবা মী অহুদি, পুক্নি, চংবা মতম লৈবা থিবিক্ক। নাম সঙ্কীর্তন তৌরগা কোকই। মী অসুগী থমোইদা নামাপরাধ লৈরবদি কৃষ্ণনাম কীর্তন তৌরবসু মহাকী থমাইদ প্রেম কাওদে। মরম অহুন প্রেমদগী থোকখিবা ওইবা থমোই শৌ-দোকপা, পেৎপা অসি কৃষ্ণপ্রেমগী মরু ওইবা থুদমি।

তথাহি (ভা, ২।৩।২৪)

তদশ্মসারং হৃদয়ং বতেদং যদগৃহ্যমাণৈর্হরিনামধেয়ৈঃ।
ন বিক্রিয়েতাথ যদা বিকারো নেত্রে জলং গাত্ররুহেষু হর্ষঃ ॥ ৪ ॥

---

## গৌর-কৃপা টীকা

শ্লো। ৪। অন্বয়। তৎ (অদুম ওইবা) হৃদয়ং (থমোই) অশ্মসারং বত (য়েং—য়োংকুম্না কনগ্রবা), যৎ (অদুম ওইবা) ইদং (মাহু—থমোই অদু) যদা (মতম অদুদা) নেত্রে (মিৎতা) জলং (ঈশিং-পি) গাত্ররুহেষু (তু-চুংবা) হর্ষ (হরাওবা) ইত্যাদি (অসিনচিংবা) বিকারঃ (হকচাংগী মপানগী থুদম মওং) [অস্তি] (ওই) [তদাপি] (মতম অদুদসু) গৃহ্যমাণৈঃ (লৌবদা, শোনবদা) হরিনামধেয়ৈ (হরিনামনা) ন বিক্রিয়েত (বিকার কাওদে—শৌদোক্তে)।

অনুবাদ। শৌনক ঋষিনা সুত মুনিদা হাঙ্গরম্মী—হে সুত। শ্রীহরিনাম শোনজবগী মপান্না—মিৎতা পি তাবা, হকচাং তু-চুংবনচিংবা মপান্দা বিকার থুদম ফাওববসু—কনা-কনাগুম্বগী থমোইদি শৌদে ক্তে বিকার ফাওদে অদুগুম্বা থমোই অদুদি য়েংকা মান্নবা কল্লবনে। ৪।

ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুদা শ্রীরূপ গোস্বামীনা হাঙ্গরম্মী, "থমোই থোংপা মীশিংদি মশাদা পিতাবা নিকপ-নচিংবা সাত্ত্বিকী থুদম ফাওহনবা ঙম্মী, থাজেশেংবা সাত্ত্বিকী ভাব (থমোই শৌদোকপা) নত্রবসু পিতাবা, নিকপনচিংবদি কবি কবিগুম্বা কান্দা উবা ফংই। দ, ৩।৫২।" মরম আসন্না পিতাবা, নিকপনচিংবা অসিনা মতম পুম্নমক্দা সাত্ত্বিক-বিকার নত্রগা থমোই শৌদোকপগী থুদম ওইরক্তবা য়াওরকই, অদুনা থমোই শৌদোকপা নত্রবদি প্রেম ফাওরে হাঙ্গনা লৌবা য়াদ্রি। থমোই শৌদোকপনা প্রেম ফাওবগী তশেংবা থোইব থুংদ্রি। মরম অদুনা থমোই শৌদোকপা ঙমিন্না এরূ ওইনা লৌমনবা হাঙ্গদুনা "তদশ্মসারং শ্লোকী অর্থ তৌজরি।

এক কৃষ্ণনামে করে সর্ব্বপাপ নাশ।
প্রেমের কারণ ভক্তি করেন প্রকাশ ॥ ২২
প্রেমের উদয়ে হয় প্রেমের বিকার।
স্বেদ কম্প পুলকাদি গদগদাশ্রুধার ॥ ২৩
অনায়াসে ভবক্ষয়, কৃষ্ণের সেবন।
এক কৃষ্ণনামের ফলে পাই এত ধন ॥ ২৪

অর্থ :—

কৃষ্ণনাম অমনা পাপ পুম্নমক কোকহল্লী।
মহাক্কা প্রেমগী পোকফম ভক্তি কোংদোকহল্লী ॥ ২২
প্রেম কাওরক্লবদা প্রেমগা খুদম লাকই।
হমাং শোৌবা নিকপা তু-চুংবা পি সিম্বকই ॥ ২৩
অসয়াম কোকই কৃষ্ণ সেবা ওম্মী ইলাই-লাইনা।
অমুক মাত্তা নাম'সি ক'ই কৃষ্ণনাম অমনা ॥ ২৪

গৌর-কৃপা-টীকা

২২—২৪। মরাল ( পাপ ) লৈতবা মীদি কৃষ্ণনাম হেক শোনবগা—অমুক্তং শোক্রবদা মহাকী থমোইদা প্রেম পোকপা ওম্মী, মরাল লৈতবা মা অদুনা কবিগুরা পাপকী থবক্তা মাই ওন্নিন্নুরবসু কৃষ্ণনাম অমুক্তং শোক্সাখিবা অদুগী মপাম্না পাপকী মপৈ অদু কোকখিহ্নুনা প্রেম পোকপা ওম্মী, অম্নম হাঙ্গিনা পযর অত্তম অসিদা হাঙ্গৈরি

প্রেমগী পোকফম ভক্তি—প্রেমগী হৌরকফম সাধন ভক্তি শ্রবণ ( নাম তাবা ) কীর্ত্তমচিংবা সাধন ভক্তি অম্নম অম্নম তত্ত্বনা তৌশিনং পদ কৃষ্ণগী কৃপানা থমোংগী অমোংপ, অদু কোকখিহ্নুনা প্রেম ফ্যাওরকই। মতো অ মা গৌণ সাধন ভক্তিনা প্রেম ফাওরক্লবগী মরম ওই। কোংদোকহল্লী—শ্রীকৃষ্ণনাম্মা সাধন ভক্তি ফাদোকহল্লী। ভক্তি' হায়বনা সাধন ভক্তিবুতা নত্তনা সাধ্য ভক্তিবুসু খন্দনগনি। ভক্তি অদুনা মল্লগা মপুং ফাবগা প্রেম লাকই, অদুম ওইবা ভক্তি অদুবু প্রেম পোকফম হাঙ্গীরবনি খুদম-বিকার। হমাংশোৌবা নিকপা—অসিনচিংবা অসি কৃষ্ণ প্রেমগী খুদম্বি ( বিকারনি )। থমোই অসিদা, শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা থনবা ভাব মযাম অদুনা চেশিন্নকুনা খুত্তম চল্লরবা মত্তম অদুদা

হেন কৃষ্ণনাম যদি লয় বহুবার।
তবে যদি প্রেম নহে, অশ্রুধার ॥ ২৫
তবে জানি অপরাধ তাহাতে প্রচুর।
কৃষ্ণনামবীজ তাহে না হয় অঙ্কুর ॥ ২৬

অর্থ :—

অসিগুম্বা কৃষ্ণনাম'সি হন্না-হন্না শোনবদা।
মিত্তগী পি তাবা প্রেম পোকপা শুমত্রবদা ॥ ২৫
খঙ্গদবনি অপরাধ য়াম্না লৈরবনি।
কৃষ্ণনামগী মরু অহু মরোন্ চোংত্রিবনি ॥ ২৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

মাবু মম কৌই। ভাব—পূন্নমক অহুদা কনখৎলত্তুনা হকচাং অশিবু অনান ভাহন্নক্তে, ভাওহন্নকই অমম্বুং ভাব অহুনা ভাওবা অহু মপান্দা খুদম (বিকার) কোংদোন্নকই। মপান্দা কোংদোরক্লিবা খুদমশিং অদুবু সাত্বিক ভাব কৌই। মাদু মখল নীপাম শুই, মাদুদি— ১। হুমাংশৌবা, ২। হকচাং নিকপা, ৩। তু-চুংবা, ৪। মিংতা পি তাবা, ৫। খোঞ্জেন নিকপা, ৬। কুহু ওনবা, ৭। চপ-চপ লেপ্পুনা লৈবা (স্তম্ভ), ৮। অমম্বুং প্রলয় (মূর্চ্ছা—রাম্ভব)। স৲সার কোকই —প্রেমবু কাওরক্লবদি সংসারগী অরাবা ইলাঈ-লাঈনা কোকথরে। মুম্নিং থোরক্লগা অমম্বা মাংখিবা অদুগুম্না ভক্তি অমদি প্রেম কাওবক্লবদি, মতোমতনা সংসারগী অরাবনা পুম্নম্বা অদু কোকথি। শ্রীমদভাগবতা অস্নয়া হাঈরি। "ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং হৃদরোগ মাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ। ১০। ৩৩। ৩৯ শীকৃষ্ণদা মথোইবা ভক্তি লৈরক্লগা থমোইগী অনাবা কোক্ই। কৃষ্ণ সেবা—কৃষ্ণনাম অমগী গুম্না প্রেম ফংলবগী মতুংদা কৃষ্ণ সেবা কাওবা ফংবা ওয়ী।

২৫ - ২৬। অসিগুম্বা কৃষ্ণনাম'সি—অমুক্তং শোঞ্জবদা কৃষ্ণ সেবা কাওবা (ফংবা) ওয়ী, অসিগুম্বা কৃষ্ণ-নাম'সি। অসিগুম্নবা কৃষ্ণনাম অসিবু হন্না-হন্না শোঞ্জবদা প্রেম কাওন্নবদি—প্রেমগী খুদম মপান্দা পিতাবা-নিকপনচিংবা কোংদোক্লবদি, থমোই অদুদা অপরাধ (মরাল, পাপ, দোষ) য়াম্না লৈয়ে হাঈনা খঙনগনি। পাপ লৈবা থমোই অদুদদি কৃষ্ণনামগী মরু (প্রেম) অহু মরোন চোংদে—থমোই অদুদা অশেংবা মম কাওবা ওমদে।

চৈতন্যে নিত্যানন্দে নাহি এ সব বিচার।
নাম লইতে প্রেম দেন, বহে অশ্রুধার ॥ ২৭

অর্থ :—

পুন্নমক্ষি বিচার তৌদে চৈতন্য নিত্যাইনা।
প্রেম পীবি মিত্তগী পি শিন্থে নাম শোজবনা ॥ ২৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

২৭। মথক্তী পয়ার কয়ামুক্তা হাঙ্গৈজথয়ে—কৃষ্ণ-নাম্না মরাল লৈবা মীবু বিচার তৌই; অমুক্সং কৃষ্ণনাম শোজবদা পাপ পুন্নমক কোকই, সংসারগী অরাবা কোকই, প্রেম ফংই অমসুং শ্রীকৃষ্ণ সেবা কাওবা কংই; হাঙ্গৈদ্রিবা অসি মরাল লৈভবা মীগী মানি—মরাল লৈবদি কৃষ্ণনাম্না মী অহুগী থমোইদা করিস্ত কানবা পীবা ওমদে।

জগৎ অসিদদি মরাল লৈতবা মীগী মশিংদি য়াম্না মশা নস্তে; মরাল লৈবা মী মখোই অহুবুন্ন শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যাই নন্দনা কৃপা তৌবিদ্রনা প্রেম পীবি হাঙ্গৈনা পয়ার অসিদা হাঙ্গৈরি।

চৈতন্য-নিত্যাইদা—শ্রীমন মহাপ্রভুদা অমসুং শ্রীমননিত্যানন্দ প্রভুদা। বিচার তৌদে —কৃষ্ণনাম্না মরাল লৈবা মীবু বিচার থিবদোনা (তৌবদোনা) থিদে।

পয়ার অসিদা হাঙ্গৈরিবগী অথদি অসিনি :—কৃষ্ণনামদি মরাল লৈবা মীবু বিচার তৌই অমসুং মরাল লৈরবদি কৃষ্ণনাম্না প্রেম পীবিদে। তৌইগুম্বসুং শ্রীমন মহাপ্রভু অমসুং শ্রীমন নিত্যানন্দ প্রভু ইংংগো অনিদি কবিগুম্বা মরাল লেবগী বিচার থিথিদ্রে; কনাগুম্বনা হরিনাম শোজবদা প্রেম হেক্রা মপীরে মরাল লৈত্রবসু প্রেম পীবিরে মরাল লৈরবসু (অপরাধী ওইরবসু) মহাকপু মখোইনা প্রেম পীবিবে। মাসি শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী কৃপাগী অভকপা থুদরি।

তৌইগুম্বসুং হাঙ্গৈরিবা অর্থ অসিগী মরমদা মথাগী য়ারম অসিগী মরমদা থম্না থজবা লৈক্না চুকী। অদুগুম্বনা; মরাল লৈরিবা মইথ প্রেম ফংবা ওমদে হাইবসি ভক্তি শাস্ত্রগী

## গৌর-কৃপা-টীকা

নিয়ম্মি। মরাল লৈবা মীবু প্রেম পীবি হাঙ্গৈরবদি শাস্ত্রগী মর্য্যাদা ইকাইখুম্বা মরোং তাবনি; মহাপ্রভুনা কৈদৌঙৈদসু শাস্ত্রগী মর্য্যাদা ময়েং তানবা হয়নবা তৌবা তাত্তি। অনিশুবদা, মরাল লৈবা অহু কোক্ত্রিমথৈদি থমোই অহু মোংতুনা লৈ, থমোই অহুনা তন্ন অশেংবা সত্ত ফাওক্ত্রিমথৈ শুদ্ধ সত্বগী মশক ওইবা প্রেম অহু ফাওবা ঙমদে; মরমদি, শ্রীমন মহাপ্রভুনা হাঙ্গৈরম্মী, প্রেম অসিদি—"নাম শ্রবণ তৌদুনা থমোই শেংলগা পোক্লকপনি।" মরাল লৈন-লৈনা প্রেম পীবিরে হাঙ্গৈরবদি মহাপ্রভুগী থবকা চুসিনদ্রে মায়ে। অহমতবদা, কোংদোক্লা শামবা লীলাদসু শ্রীমন মহাপ্রভুনা কৈদৌঙৈদসু কনাগুম্বা মরাল লৈবা মীবু মরাল অহু কোক্ত্রিমথৈদি প্রেম পীখিদে। খুদম কয়ামুক উচ্চরি; (১) ছাত্র পাষণ্ডী, কর্মী নিন্দা তৌগনবা অসিনচিংবা মযাম অসিদা প্রভুনা প্রেম পীখিদে; মথোইশিং মরাল অহু কোক্লনবগী উপায় করিগুম্বা অমতা উদহুনা ইবুংঙো মহাক্না লম্বোইবগী কর্ম লৌশিং, করিগীনো হাঙ্গৈবদা পাষণ্ডীশিং অদুনা লম্বোইবদদি খুরুম্বা হৌনৈ হাইবা থমজুনা খুরুমজবদি মথোইগী মরাল অহু কোকপিবা ওম্মী—(১।৭।৩৫ গী পয়ারগা টীকাদা য়েংবিয়ু)। মতৌ অসিদা তশেং-তশেংনা খঙবা ঙম্ম, মরাল লৈবা মী মথৈদি প্রভুনা প্রেম পীবিদে—মরাল লৈবা মীনা প্রেম লৌবা ঙম্মগী শক্তিসু লৈতে। (২) ব্রাহ্মণ-মচা গোপাল-চাপালনা শ্রীবাসকী মফমদা চমদবা থবক নত্রামুক তৌকহুনা মরাল লৈরে। মরাল অহুমক্তনা মশা অহু লাইথুং থুহুনা মীন তুক্কচরে মহাক্না মশা অহুগী থাজুবদা রাখিবনা তৌফম থওদহুনা নোংমা মহাপ্রভুগী মফমদা অরাবদগী কোক্লনবগীদমক হাঙ্গৈজরম্মী। তৌইগুবসুং প্রভুন মহাকপু লানবিত্রে; অহাইনহুম শাওহুনা হাঙ্গৈরকই—"হে পাপী ভক্তগী য়েক্কবা নংবুদি লাননিরবোই। মসোক কটিকুসু হৌজিক হুলচংলিবা অমুম তৌহুনা নশা অহু হুলনা (ভীম্মা) চাবা ওইরসনু।১।১৭।৪৭॥ প্রভুনা লম্বোইরবা মতুংদা কুলিয়া-গ্রাম কৌবা মফমদা লেংলক্লম্মী, মতম অহুদসু অমুক্কা হন্না গোপাল-চাপালনা প্রভুদা চংজরম্মী; মতম অহুদদি প্রভুন কৃপা তৌদুনা তাকপীবম্মী—"শ্রীবাসকী মফমদা নংনা লানখিবা ময়াম অহু, মাগী মফমদা চংতুনা হাঙ্গৈজক থুকমজক; শ্রীবাসনা, করিগুম্বা য়াথিরকপা থোক্লবদি, মতুংদা নং অমুক হন্না অসিগুম্বা মরাল লৈবা থবক তৌগদ্রু, অহু ওইরবদি নং অরাবা কোকপিবা য়াগনি।" রাঙাং অসিদগী খঙবা ঙম্মিবদি, মরাল লৈরিবা মথৈদি প্রভুনা প্রেম পীবিদে। (৩) অতোপ্পগী রাদি থমু-থমথিসি—থমং শচীমাতাগী রা তা-বগা হিয়ম অসিদা চিংনরিবা অসি কোকই। প্রভুনা শীতলা শ্রীবাস, জগন্নাথ অসি য়ান্না নুই হাঙ্গৈবসি থওচরীংহুমা শচীমাতাবু বৈষ্ণব অপরাধ লৈরমগীদা লৌদুনানবী।

## গৌর-কৃপা-টীকা

বিশ্বরূপা লথোইখিবগী মতামদা শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতদা রা অমা হাইখি—অচম্বা জীবগী মরমদা থম্বুরবদি মাহা অপরাধনি (অরানবনি) হাইনা থনবা য়াই। জীববু তম্বিগে হাইখবগীদমক প্রভুনা মাহাবু শচীমাতানা লানবনি হাইনা কোংদোক্লে অমসুং ভক্ত চূড়ামণি শ্রীবাসনা প্রার্থনা তৌরগম্ব প্রভুনা শচীমাতাবু মরাল অহুগীদমক প্রেম পীবিদরে। য়াম্না ছাইজরবগী মতুংদা প্রভুনা হাইরকই; "অদ্বৈতা মফমদা লাল্লুরে। অদ্বৈতনা চানবিরবদি প্রেম ফংগনি। শ্রীচৈতন্য ভাগবত, মধ্য। ২২।" অসিগী মতুংদা উপায় থিহুনা শ্রীঅদ্বৈতবু য়াংহন্নুনা মহাকী কৃপা ফংলবা মতুংনগীদি শ্রীশচীমাতাগী মশাদা প্রেম ফাওথরে মাসিগী মথাংদদি প্রেম ফংলমদে।

খুদম পুন্নমক অসিদগী ঐখোইনা তশেংনা খঙজব, ওয়ে, প্রভুনা কেদৌউদম্ব মরাল লৈবা মীবু প্রেম পীদিদে, পাপ থম্না লৈরবা ফিবম অহুদা প্রেম পীবরবম্ব লৌশিনবা ওমদে। (১।৭।২১ গী টীকাদা য়েংবিয়ু)। তৌইগুম্বরুং প্রভুনা বিচার ইতৌ-তৌননা মী পুম্নমকপু প্রেম পীনদি হাইনা রা অসি অয়াম্বা মফমদা তাবা ফংই; মরম অহুনা মাহাম্ব মীনম্বনি হাইনা নীংদে। ফিবম অসিদা মতৌ করম্ন অচুম্বা অরেপ্পা খংগদগে? অরেপ্পা অচুম্বদি অম্বুন্না ওইবা য়াই হাইনা নীংই—শ্রীশ্রীগৌর নিত্যানন্দনা মরাল লৈতবা মীবুদি প্রেম পীবি (মথক্কী পয়ার ১৭ কী টীকাদা য়েংবিয়ু); অহুগা মরাল লৈনশিংদা প্রেম পীবি হাইবা অহুনা অহানবদা মরাল লৈবা পাপ লৈবা অহু কোকথোকপিরগা মাহুগী মতুংদা প্রেম পীবিনি। মরাল লৈবা অহু কোথোকুবগী উপায়দি অসিনা - বৈষ্ণবতা লাল্লুবা ওইরবদি, বৈষ্ণব অহুগী পেনবা তৌরগা মরাল অহু কোকই। গোপাল-চাপাল অমসুং শচীমাতানচিংনা খুদম ওইহুনা উহুনা লৈরে, প্রভুনা মখোইবু মতৌ করম্না মরাল কোকহনখিবগে হাইবা অহু—অতোপ্পা মফমদম্ব অহু মঙাই। অহুগা কনাগী মফমদা লাল্লুবগে পাপ তৌরুবগে হাইবা অহুদি খঙহৌরবা অমসুং বৈষ্ণব নিন্দাদি নাইবা অতোপ্পা করিগুম্বা নাম্পরাধ লৈরবদি — শ্রীহরিনাম্ব থরাই য়াওনা শোল্লগা মথংশিংনা অনুম-অনুম কোকশিল্লকই। মতৌ করম্না নামকীর্তন তৌরগা অপরাধচিংবা পাপচিংবা কোকুনা প্রেম ফংগদগে হাইবা অহু, শিক্ষাষ্টক-তা 'তৃণাদপি' শ্লোকচিংবদা ('নাপীদগী হেন্না তোঙবা'—শ্লোকচিংবদা) প্রভুনা তাকপিখরে। প্রভুনা, মরাল লৈবা মী-শিংবু মপুক্লিং অহু নাপীদগী হেন্না তোঙবরে হাইনা নীংহন্নুনা হরিনাম শোলহন্নুনা থমোই

## গৌর-কৃপা টীকা

অদু শেংলোকপিরগা অতুগী মতুংদা প্রেম পীবি। মতৌ অসি অপরাধ পাপ কোকনবগী চৎনবা বিধিনি (সাধারণ বিধিনি); বিধি অসিগী মতুংইন্না নাম কীর্তন তৌরবদি নাম শোল্লবদি শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলা থুপচিনখ্রবগী মতুংদগী মরাইবক কবা মীনা প্রেম ফংই। প্রভু মশামক্না মতৌ অসুম্না প্রেম পীবিরম্মী অমসুং শ্রীমন-নিত্যানন্দনচিংবা লোইনবশিংনসু মতৌ অসুম্না মী পুম্নমকপু প্রেম পীবিরম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা মরাল লৈবা-মরাল লৈতবা পুম্নমক্কা ইবুংঙো মহাক্না প্রেম পীবিরম্মী, কনাবুসু লৎনবা তৌবিরমদে।

মহাপ্রভুনা লপ্পোইরবগী মতুংদা প্রেম যেনবিবগী মরমদা অঙকপা ফংনা থরাই য়াওবগী মা তাবা ফংই। ব্রজভাবতা পুক্নিং লুপথিদুনা হিক্ক-হিক্না কপুনা হরিনাম শোল্ল-শোল্লদুনা লম্বিদা চৎপা মতমদা ইবুংঙো মহাক্ক থেংনকপা, উনকপা মী মখৈ কৃষ্ণ-প্রেম সমুদ্রদা লুপখি। প্রভুনা প্রেমগী ঈথকা লোইননা জেংলম্মী, মাইকৈ মরিদা ঈথক অদু পাথদুনা চেম্বরম্মী, মরাইবক ফবশিংনা ঈথক অদু শোকচব, ফংদুনা ব্রহ্মানা তাংনা ফংলবা কৃষ্ণ-প্রেম অদু ফংই। মতৌ অসুম্না প্রেম য়েনবিরকপা অসিদ, প্রেম পীবিবদা মৃত্তিকচাবা—মত্তিকচাদবগী বিচার অমুক থিকবা লৈত্রে, মী চিথচৌদনবদা মহোৎনথরে। অসুম ওইবা অঙকপগী মশক ওইবা থৌজাল হৈবা শ্রীভগবান অসি জতে কবিগুনা অবতারদা উথিখ্রি; দ্বাপর যুগকী লীলাদগ উথিখ্রি।

শ্রীমন মহাপ্রভু অমসুং মহাকী লোইনবশিংনা কোংদোক্না লীলা শাররিঙৈগী মতমদা লৈরম্বা ভক্তশিং অদুগীদি অঙকপা তম্বা থোকবা লাইবক কবা ওটখি; মখোজ পুম্নমকপু শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দনা প্রেম পীবিখি, মখোইনা থুপখিবগা লোইননা বিচার ইথি-খিবিদনা থৌজালবিবা অদুসু লুপপ্রমাল্লে হাঙৈনা নীংই; মরম অদুদগী শ্রীল নরোত্তম দাস ঠাকুর মহাশয়না তেংথারম্মী—"গৌর-নিত্যানন্দা, অদ্বৈতনচিংবা ভক্ত বৃন্দনা নদীয়াদা অবতার তৌরিঙৈগী মতমদা পোকচরব দ মুংঙাইজরমগদগনি; হৌজিক পোকচরবনা কপি কারণনি, অমেম্বা থবক্কা হকথন্দা চপুনা অয়াবা ফংলরে।"

স্বতন্ত্র ঈশ্বর প্রভু অত্যন্ত উদার।
তারে না ভজিলে কভু না হয় নিস্তার ॥ ২৮

অর্থ :—

নীংতম্বা ঈশ্বরনি য়াম্না থৌজাল লৈবা প্রভুনি।
মাবু নীংত্রবদি কদাপি লানকম লৈত্রবনি ॥ ২৮

গৌর কৃপা টীকা

২৮। নীংতম্বা ঈশ্বরনি-নচিংবা শ্রীমন মহাপ্রভুদি নীংতম্ব তম্বা ঈশ্বরনি, করাইগুম্বা পোল্লে, থাইদোকপা অমদি, ইবুংঙো মহাক অসি য়াম্না থৌজাল হৈবনি, মবম অচুনা মবাল লৈরবা মীবুস্তু মবাল হায়দুনা কথোকপিবগা প্রেম পীবিরম্মী।

মথক্কী পয়ার ১২ দা শ্রীশ্রীগৌর নিত্যানন্দবু নীংথৌ মবনদা হায়জখবে, পয়ার ১৩ দা শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীন হাইরি—কর্শাস্ত্রগী বিচারদস্তু ইবুংঙো মহাকপু নীংথম থোকই ; মতুংগী পয়ার ১৪ দা হাঙ্গিবি—জীববু য়াম্না পোজ বিনীবা গুণ চেনব লই অচুবু নীংথম থোকই ; মাহৈ অসিগী মমুংদা কুম্লিবা ভাব অসি পয়ার ১৫—২৭ তা উহল্লবির্দা, শ্রীশ্রী গৌর নিত্যানন্দগী থৌজাল অসি অমক্ক মতিক য়াংখবে মাদুনা য়াম্না তাডথ্রব কুম প্রেমমুক্ত মখোয়না মীচম ফাওবদা ইথোং হোংনা পিহৌ, অমসুং মখোয়গী কৃপানা মরাল লৈত্রবা য়াদি থম্বু-থমথিসি মরাল লৈরবা মী ফওবা। প্রেম ফংত্র।

মায়ানা পুনবদগী কোক্লনবা হাকনবা অচৌবা থবক নত্তু, মাহুবু খ্বাইদগী হেন্না পামফম থোকপা পোৎ অমস্তু ওইদে, ( ১।৭।৮১ অমসুং ১।৭।১৩৬ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু )। প্রেম কৈবা পোৎশক অসিদি পুম্নমক্কী থোইদোক-হেন্দোক্লা পামফম থোকপা পোৎ অমনি। গৌর-নিত্যানন্দ নীংলগা প্রেম ফবা ঙম্মী, মখোয়দা প্রেম পীবিনবগী মমক মখোয়না য়াম্না য়ানা হোৎনবা অসি, মখোয়না কোংদোনবা শাস্ত্রগী লানথা উবা ফংই। মখোয়না চণ্ডাল য়াওবা বিচার হৌথি-থিদনা প্রেম পীবিরম্মী। ইবুংঙো অনিনা থুপত্রবগী মতুংদা মতৌকরম্না প্রেম ফংলগা জীব-না অপেনবা ওইগদগে হাঙ্গিবা অচুগী পাওতাকস্তু কৃপা তৌবিদুনা থম্বিরম্মী। মাদুগী মতুংইন্না লাই নীংজরবদি মখোয়গী কৃপানা প্রেম ফংবা ঙম্মী।

অরে মূঢলোক! শুন চৈতন্যমঙ্গল।
চৈতন্য মহিমা যাতে জানিবে সকল॥ ২৯

অর্থ:—

হে অপঙবা মীওইবা। চৈতন্যমঙ্গল তা-জহৌ।
মাহুদগী শ্রীচৈতন্যগী মগুণ খঙজহৌ॥ ২৯

---

গৌর-কৃপা-টীকা

২৯। মীওইবনা নীঙদৌরিবা লাই অদুগী মগুণ খঙব্রবদি লাই অদুবু অমুক মীংনীংবগী অপাম্বা পোক্তে, মরম অদুনা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দবু নীঙদবনি হায়না পাওতাক পীরম্বনিনা হৌজিক মখোয়গী নঙুণ খঙননবগী মরমদা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরিক অদু তাবিনবগী পাওতাক পীজরি।

মীওইবা—শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী মগুণ খঙজদ্রিবা মীওইবা গৌরনিত্যানন্দগী মগুণ খঙদদুনা নীংদ্রিবশিং অদুনী মরমদা হায়জবিবনি।

শ্রীচৈতন্যমঙ্গল - শ্রীচৈতন্যভাগবতগী অহানবা মমিং অমনি। শ্রীল বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা ইবা শ্রীচৈতন্য ভাগবত অসি অহানবদা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবনি। শ্রীলোচন-দাস ঠাকুরনা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী। তস্মন্না হায়নবা তাই, নোংমা শ্রীলোচনদাস ঠাকুরনা মাগী মথুংনা ইজবা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরিক অসি পুদুনা শ্রীবৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী মফমদা লাক্লম্মী অমসুং হায়জরম্মী লাইরিক অদু তাবিনবগীদমক। মাথং ফংলদুনা শ্রীলোচনদাসনা অস্রুম পাল্লকপদ মফম অমদা "চৈতন্যগা অবধূত ঠাকুরগা খেন্নদবনা। রোহিণীগী মচা নিত্যাইদা থুকমজে ঐনা।।" হায়বা মতাং ফৌরকপা শ্রীল-বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা প্রেমনা ঈহৌরদুনা লোচনদাসপু কোনশিনদুনা হায়বকই, "নংনা নিত্যাই চৈতন্যবু খেন্নদে হায়না তাব তাবম্লিবসি, ওস্নোক্না লাইরিক ফবা ওইখরে। ঙসিদগী নংনা ইজরিবা লাইরিক অসিগী মমিং শ্রীচৈতন্যমঙ্গল হায়না অস্রুম মখোলনি; অদুগা ঐনা ইরিবা চৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরিক অসিনা শ্রীচৈতন্যভাগবত হায়না খোল্লগে।" অদুম হায়না লাইরিক অনি অসি মমিং য়েংথনবগীদমক অমা হোংলোকখিবনি। কবা-গুম্না শ্রীমন মহাপ্রভুগী মগুণ খঙবিব্রবদি, শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীনা মখোই অনিবু শ্রীচৈতন্যভাগবত পাথিবু হায়না পাওতাক পীবিরি।

কৃষ্ণ-লীলা ভাগবতে কহে বেদব্যাস।
চৈতন্যলীলার ব্যাস- বৃন্দাবনদাস॥ ৩০
বৃন্দাবনদাস কৈল চৈতন্য মঙ্গল।
যাহার শ্রবণে নাশে সর্ব্ব অমঙ্গল॥ ৩১
চৈতন্য-নিতাইর যাতে জানিযে মহিমা।
যাতে জানি কৃষ্ণভক্তি সিদ্ধান্তের সীমা॥ ৩২

অর্থ :—

বেদব্যাসনা ভাগবত্তা কৃষ্ণলীলা হাঙ্গৈরি।
চৈতন্যলীলাগী ব্যাসতি বৃন্দাবনদাসনা ওইরি॥ ৩০
শ্রীবৃন্দাবন দাসনা চৈতন্যমঙ্গল লেংই।
মাহ্ন তাজবদা অমঙ্গল পুম্নমক কোকই। ৩১
চৈতন্যনিতাইগী মগুণ খঙবা অদুগুম্না।
কৃষ্ণভক্তিগী ভমখৈ খঙসা ভম্না মহায়্না॥ ৩২

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৩০। বেদব্যাসনা শ্রীমদ ভাগবত্তা শ্রীকৃষ্ণ-লীলা শীংথাবা অদুগুম্ন, শ্রীল বৃন্দাবন দাসনসু শ্রীচৈতন্য মঙ্গলদা মতৌ অদুগুম্না শ্রীচৈতন্যলীলা শীংথারি, মরম অদুনা শ্রীল বৃন্দাবন দাসপু শ্রীচৈতন্য লীলাগী বেদব্যাসনি হাঙ্গৈবা য়াই। অদুনা শ্রীচৈতন্য-মঙ্গলগী মমিংসু "শ্রীচৈতন্য-ভাগবত" ওহাকপ্রিবা অরম অমনি হৌজিনা নীংই।

বৃন্দাবনদাস —শ্রীমন মহাপ্রভুগী লোইনবা শ্রীবাস পণ্ডিতকী মনাওগী মচানুপী অমা লৈরম্মী, মহাকী মমিং শ্রীমতী নারায়ণী কোই। শ্রীমতী নারায়ণী দেবী অসি শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপা ফংবী অমা ওইরম্মী। নারায়ণীনা চহি মরি শুব মতমদা, মহাপ্রভুনা চাক চাথিবগী অরেম্বা অদু মাঙোন্দা পীজখি অমুম ওইবা নারায়ণী দেবী অসি শ্রীল বৃন্দাবন দাসকী মমানি। শ্রীমন্নিত্যানন্দ অসি শ্রীল বৃন্দাবন দাসকী ইষ্টদেবনি (লাচ্চবা লাইনি, গুরুনি) চরম্ভং ইবুংঙো মহাকী যাথং মতুংইন্না মনাই বৃন্দাবন দাসনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত লেংখ্রমি। গৌরগণোদ্দেশদীপিকা দা হাঙ্গৈরি, "বেদব্যাসো য এবাসীদ্দাসো বৃন্দাবনোহধুনা॥ ১০॥ বেদব্যাস ওইবম্বা অদুনা হৌজিক বৃন্দাবনদাস ওইবরে॥"

ভাগবতে যত ভক্তি সিদ্ধান্তের সার।
লিখিয়াছেন ইহাঁ জানি করিয়া উদ্ধার॥ ৩৩
চৈতন্যমঙ্গল শুনে যদি পাষণ্ডী যবন॥
সেহ মহাবৈষ্ণব হয় ততক্ষণ॥ ৩৪
মনুষ্যে রচিতে নারে ঐছে গ্রন্থ ধন্য।
বৃন্দাবন-দাস মুখে বক্তা শ্রীচৈতন্য॥ ৩৫

অর্থ :—

ভাগবত্তা ভক্তিসিদ্ধান্তগী মচি অদু।
খঙলদুনা শন্তোক্লুনা ইরিবনি, মাদু।। ৩৩
চৈতন্যমঙ্গল তারবদি পাষণ্ডী যবন্না।
খুদক অদুদ মহাবৈষ্ণব ওই য়াম্না থুনা॥ ৩৪
অসিগুম্বা লাইরিকসি মীনা লেংবা ঙমদবনি।
বৃন্দাবনদাসকী মচিন্দা প্রভুনা ফাংবনি॥ ৩৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩১-৩৪। অমঙ্গল পূর্ণমক—ভক্তিগী মরমদা যেক্লবা ওইবা পূর্ণমক। চৈতন্যমঙ্গল তাববদি—শ্রীচৈতন্যভাগবতকী মগুণ অসি অস্নকী মতিক অঙকপা ওইথরে ঈশ্বরবু য়াদবা পাষণ্ডী অমদি হিন্দুধর্মগী যেক্লবা যবনস্তু শ্রীচৈতন্য ভাগবত তাজরবদি মহাক অদু মহা-বৈষ্ণব ওই, শ্রীচৈতন্য ভাগবত্তা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী অঙকপগী মশক ওইবা থোজাল হৈবগী রা ইদুনা লৈবা অদু মথংশিংনা তাজরবদি ঈশ্বরবু থাজদবা অমদি হিন্দু ধর্মবু য়ানীংদবা অদু তশেংনা কোকথি; গৌরনিত্যানন্দগী কৃপানা চিংশিনবিদুনা পাষণ্ডী অমসুং যবন (হিন্দুধর্ম নত্তবা অতৈ ধর্ম হাঙবদি মুসলিম ধর্ম অমসুং বৌদ্ধ, খৃষ্টিয়ান ধর্ম) মচিংবশিংসু মহাবৈষ্ণব ওই।

৩৫। বৃন্দাবনদাসকী মচিন্দা-নচিংবা—শ্রীমন মহাপ্রভুনা জীবগী মঙ্গলগীদমক বৃন্দাবন-দাসকী মচিন্দা মহাকী মগুণ ফোংদোকহল্লী, অমদি মাদুনা মশা মহাকী মগুণ খঙনবা শ্রীচৈতন্যভাগবত লেংনা ঙমহল্লী। মং মচংদি শ্রীচৈতন্যভাগবত্তা হাঙরিবাশিং অসি শ্রীমন মহাপ্রভুনা ওইবাঁ মতৌগুম্না চুংবা প্রমাণ তাক্লনি—অনান-অহুই য়াওরবনি।

বৃন্দাবনদাস পদে কোটি নমস্কার।
ঐছে গ্রন্থ করি তেঁহো তারিলা সংসার॥ ৩৬॥
নারায়ণী চৈতন্যের উচ্ছিষ্ট ভাজন।
তাঁর গর্ভে জন্মিলা শ্রীদাস বৃন্দাবন। ৩৭
তাঁর কি অদ্ভুত চৈতন্যচরিত বর্ণন।
যাহার শ্রবণে শুদ্ধ কৈল ত্রিভুবন।। ৩৮

অর্থ :—

বৃন্দাবনদাসকী চরণদা খুরুমজরি কোটি।
লাইরিক্সি ইরগা সংসাব লানখরে মহাক্তি॥ ৩৬
নারায়ণী চৈতন্যগী লুথাক চাবা ফংথি।
মাগী গর্ভদা শ্রীদাস বৃন্দাবন পোকখি।। ৩৭
মানা চৈতন্যগী রারী ইবা অঙকপনি।
মাহ্ তাবদা মরোল অত্তম পূক্লিং শেংবনি , ৩৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৬। শ্রীচৈতন্য ভাগবতা শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দগী মগী য়াম্ন ফজনা শীংথাবা অমু নীংশীংলুরগা তৌবিমল খঙবা উংপা ভাব ওইনা থমোইন্নংদা কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীল বৃন্দাবনদাসকী চরণ' কোটি কোটিদক হন্না খুরুমজরি।

৩৭। লুথাক চাবা ফংখি—নারায়ণীনা চহি মরি শুনা মতমদা, মহাপ্রভুগী কৃপানা খোম্রেন নিক্লা-নিক্লা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" হাঙ্গীহুনা কপখী। মবম অহুদগী য়াম্না মুংশিবিহুনা প্রভুনা মশানা চাবগী অরেংবা (লুথাক) অমু পীজখি। (শ্রীচৈতন্যভাগবত মধ্য অনিশুবা অধ্যায়)। পয়ার ৩০ গী টীকাদা য়েংশিযু।

৩৮। অঙকপনি—বৃন্দাবন দাসনা গৌর লীলা ইনগী ফজবা অমু য়াম্না অঙকপনি। পূক্লিং শেংবনি—অমঙ্গল পূম্নমক কোকহন্দুনা, সংসারগী অপাম্বা পূম্নমক কোকহনদুনা ঈশ্বরবু থাজদবা পূম্নমক কোকহন্দুনা থমোইবু শেংহল্লী হাঙ্গীবদি ভক্তি কাওরকুবগী মতিক চাহল্লী।

অতএব ভজ লোক চৈতন্য-নিত্যানন্দ।
খণ্ডিবে সংসার দুঃখ, পাবে প্রেমানন্দ॥ ৩৯
বৃন্দাবনদাস কৈল চৈতন্যমঙ্গল।
তাহাতে চৈতন্যলীলা বর্ণিল সকল॥ ৪০
সূত্র করি সব লীলা করিল গ্রন্থন।
পাছে বিস্তারিয়া তাহার কৈল বিবরণ॥ ৪১
চৈতন্যচন্দ্রের লীলা অনন্ত অপার।
বর্ণিতে বর্ণিতে গ্রন্থ হইল বিস্তার॥ ৪২
বিস্তার দেখিয়া কিছু সঙ্কোচ হৈল মন।
সূত্রধৃত কোন লীলা না কৈল বর্ণন॥ ৪৩

অর্থ :-

পুন্সিং চংনা নীংখিযু চৈতন্য নিত্যানন্দবু।
সংসার অন্নাবা কোকনি ফংগনি হুংঙাইকবু॥ ৩৯
বৃন্দাবন দাসনা চৈতন্যমঙ্গল লেখ্‌হ।
মাহূদা চৈতন্যলীলা অয়াম্বা শীংথাই॥ ৪০
গৌরলীলা পূমমক লেংবিরম্রে শম্নপা।
মাতুংগী এরম হংঙৈরি মতুংদা শন্দোক্না॥ ৪১
চৈতন্যচন্দ্রগী লীলাদি মপান নাইখিদাবা।
গ্রন্থ সুম ইবক দা লাইরিক চাওখোকখবে॥ ৪২
চাওখোকখিনা উবদা পুন্সিংদা চিংনরক্লে।
কয়া গুম্বা লীলাদি ব্যাখ্যা তৌবা তোক্লে। ৪৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৯। শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী মগুণ ইবা লাইরিক শ্রীচৈতন্যভাগবত ভাবদা জীবগী ফত্তবা পূন্নবক কোকখি, অহুম ওইবা যাম্ন খোজাল হেবা গৌর-নিত্যানন্দবু নীংজনবদি জীবা অন্না-অনা কোকনি, থমোইদা প্রেম ফাওরকনি, মাসিদা কন্নিস্থ ওককম খোক্তে; মরম অহুনা লাইরিক নেংলিবা শ্রল কবিরাজ-গোস্বামীনা তশেংনা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী কৃপা অহু খওলহুনা ইবুংঙো মনিবু নীংননবগা দমক মী পূম্নমকপু কৌহুনা হাঙৈরিবনি।

৪০—৫২। তং চাই হাঙৈহুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংঙমদাইগী মরাংগী ইতিহাস কোংদোকচরি।

নিত্যানন্দ লীলা বর্ণনে হইল আবেশ।
চৈতন্যের শেষ লীলা রহিল অবশেষ ॥ ৪৪
সেই সব লীলার শুনিতে বিবরণ।
বৃন্দাবনবাসী ভক্তের উৎকণ্ঠিত মন ॥ ৪৫

অর্থ :—

নিত্যানন্দলীলা শীংথাবদা মুংথরে।
শ্রীচৈতন্যগী অরোইবা লীলা লেমহৌরে ॥ ৪৪
লীলা পুম্নমক শীংথাবা অতু তানীংবনা।
পুক্নিংদা থৌবাংলে বৃন্দাবনবাসী ভক্তনা ॥ ৪৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীচৈতন্যলীলাগী মাধুর্য্য অতুদা বৃন্দাবন্দা লৈবা ভক্তশিংগী পুক্নিং চিংসিনখ্রহনা ভক্তথিবক অহনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত তাহনা লৈ, তৌংগুম্বসুং শ্রীচৈতন্য ভাগবত লেংবিরিবা অহনা অহানবদা শম্নপ্না সুক্রনা মওদা ইবিরম্লে, মতুংদা অমুক করি কবিগুম্বা লীলানা শন্দোক্না ইবিরম্মী, লীলা পুম্নমক অহুদি হগু-শুনা মরম পুম্নমক চিংথদনা ইবিবা ওম্নমদরে; তৌইগুম্বসুং শ্রীচৈতন্য ভাগবতক নিংথিজবা লীলা অতু তাজবা ফংবদা, লীলা পুম্নমক চিংথদনা তানাংবনা শ্রীবৃন্দাবন-বাসী ভক্ত পুম্নমক্না য়াম্না থোরাংলে, মরম অসিদগী বৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা শাংথাবদ (ব্যাখ্য তৌবদা) র থহৌবা লীলা পুম্নমক অতু শন্দোক্না য়ারী লৌবিনবগীদমক শ্রীল কবিরাজ—গোস্বামীদা মথোঙনা য়াথং পীরম্মী, মাহুগী মতুংইন্না মহাক্না শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংবা হৌথি।

নিত্যানন্দ লীলা শীংথাবদা নচিংবা—শ্রীনিত্যানন্দগী লীলা মতাং অমুম অমুখ শীংথারকলদা লীলা অহুদা পুক্নিং চংখিহনা, মুনাথহনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী অরোইবা লীলা শীংথাবা ওমথিদরে, লীলা পুম্নমক শীংথাবা ওমদবগী মাসিনা মরম অমনি। লীলা পুম্নমক—শ্রীমন মহাপ্রভুগী অরোইবা লীলা অমসুং মহান্তবগা মযাইগা অনিগী মরক্তা বৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা করি কবিগুম্বা মফমদা শন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌরমদবা লীলা পুম্নমক অতু।
বৃন্দাবন বাসী—বৃন্দাবনদা লৈবা ভক্ত, বৈষ্ণব।

বৃন্দাবনে কল্পদ্রুমে সুবর্ণ সদন।
মহাযোগপীঠ তাহাঁ রত্নসিংহাসন ॥ ৪৬
তাতে বসি আছে সদা ব্রজেন্দ্রনন্দন।
শ্রীগোবিন্দদেব নাম সাক্ষাৎ মদন ॥ ৪৭
রাজসেবা হয় তাহাঁ বিচিত্র প্রকার
দিব্য সামগ্রী দিব্য-বস্ত্র অলঙ্কার ॥ ৪৮
সহস্র সেবক, সেবা করে অনুক্ষণ।
সহস্র বদনে সেবা না যায় বর্ণন ॥ ৪৯

অর্থ :—

বৃন্দাবনদা কল্পবৃক্ষ মথাদা মন্দির লৈ।
মহাযোগপীঠনি রত্নসিংহাসন লৈ ॥ ৪৬
মাহুদা ব্রজেন্দ্রগী মচানা ফমহুনা লৈ।
শ্রীগোবিন্দ দেব সাক্ষাৎ মদন কৌহুনা লৈ ॥ ৪৭
অতকপা মথলগী রাজসেবা তৌরিবনি।
মমল য়াম্বা ফি, পোৎনচিংবনা লেংজংবনি ॥ ৪৮
মনাই লিশিং অমনা অত্তনা তৌই সেবা।
মমাঙৗ লিশিং অমা পানবনা ওমদে শীংথাবা। ৪৯

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৪৬ ৫৩। শ্রীচৈতন্যগী র্ল ল্যাবু শীংথানবগী ( য়ারী লীনবগী ) দমক য়াথং পীরিবশিং অহুগী মহুংদা মখোক মকোক ওইবা মা কথামরুমগী মমিং পীজরি পয়ার ৪৬—৭১ ফাওবদা। মখোঙ্গি অহুগী মহুংদা খ্বাইদগী অথোইবা মকোক্তি শ্রীল পণ্ডিত হরিদাসনি; মরম অহুনা ইহান-হানবদা পয়ার ৪৬—৫৯ ফাওবদা মহাক্তী রা হাইজরি। শ্রীবৃন্দাবনগী কল্পবৃক্ষগী মখাদা সনাগী মন্দিরদা মহাযোগপীঠ লৈ, অহুম ওইবা যোগপীঠ অহুগী মরাইদা রত্নসিংহাসন ( মুং অরংবনা শ বা ফমফম ফিদা ) অমা লৈ; রত্নসিংহাসন অহুদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ না ফাহোইহুনা লৈ, মা লিশিং লিশংনা নিংথৌদা তৌগদবা সেবা অহুক্তা শ্রীগোবিন্দদা সেবা তৌরি, রাজ-সেবা ভাসিগী মথোক্তি শ্রীল পণ্ডিত হরিদাসনি।

সেবার অধ্যক্ষ শ্রীপণ্ডিত হরিদাস।
তাঁর যশঃগুণ সর্ব্ব জগতে প্রকাশ॥ ৫০
সুশীল সহিষ্ণু শান্ত বদান্য গম্ভীর।
মধুর বচন মধুর চেষ্টা অতি ধীর॥ ৫১
সভার সম্মান কর্ত্তা করেন সভার হিত।
কৌটিল্য মাৎসর্য্য হিংসা না জানে তাঁর চিত॥ ৫২
কৃষ্ণের যে সাধারণ সদগুণ পঞ্চাশ।
সেই সব গুণ তাঁর শরীরে নিবাস॥ ৫৩

অর্থ :—

সেবাগী মকোক্নি শ্রীপণ্ডিত হরিদাসনি।
মহাক্কী মিংচৎ মগুণ্ডি জগৎনা খঙলিবনি॥ ৫০
খাঙবা কনবা শান্ত পীনহৈবা লমচৎ ফজবনি।
অধুম্বা ৱা ঙাংবা অথোৎপা লমচং চৎপনি॥ ৫১
ময়ামগী কান্নবা তৌবনি সম্মান ঙাকপান।
কল্লকপা হিংসা তৌবা নাঙোন্দা লৈতবনি॥
কৃষ্ণগী মহৌশাগী অফবা গুণ য়াংখৈ লৈ।
ইবুংঙোগী গুণ পুম্নমক অসি মাঙোন্দা লৈ॥ ৫৩

---

গৌর-কৃপা-টীকা

কল্পবৃক্ষ—কল্পদ্রুম। কল্পবৃক্ষ হাঙৈবাস অপ্রাকৃতগী (মায়াপঙবা) উ অমনি, মাহুগী মপান, মহৱ, মসা, মনা, মউনচিংবা পুম্নমক, অপ্রাকৃতকী মণি মুক্তাগুম্না য়াম্না লংই অমসুং অপ্রাকৃতগী গুণ লৈ; শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী লীলাগীদমক দরকার ওইরকপা পোৎ অহু শুদক অহুমক্কদা পীবা ঙম্মী; মহাক অসি মায়াগী থেন্না লাম্বা ফংদবা শক্তি লৈবা উ মথল অমনি। মন্দির—মন্দিরগী মন্দির, সনাগী য়ুম। মহা যোগপীঠ—লোঙৈনবশিং মরূপ মপাংগা লোঙৈননা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণন তিন্নফম মফম্বু যোগপীঠ কৌই। মাহুগী মওংদি মনালিশিং অমা পানবা থম্বালগী মওংনি, নয়াই থমচেৎ লৈফম অহুদা শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দগী

## গৌর-কৃপা-টীকা

রত্নশিংহাসন লৈ; মাতুগী মাইকৈ মরিদা সেবাদা থরাই-য়াওবী সখী মঞ্জরীশিংনা অতোপ-অতোপ্পা লৈকাদা লৈহুনা মথং-মনাঙ নাইনা সেবাগী পোৎলম খুৎনা পাঈহুনা লেপ্পুনা লৈ। যোগপীঠ অসি অপ্রাকৃত মণি রত্নচিংবনা শাবনি। কমল্লুনা লৈ—রত্ন সিংহাসন অতুদা কমলুনা লৈ। ব্রজেন্দ্রগী মচানা—শ্রীকৃষ্ণনা। শ্রীগোবিন্দদেব—মহাকী মমিং শ্রীগোবিন্দদেব কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা কোংদোক্না লীলা শাবরিঙৈগী মতমদা ভৌম বৃন্দাবনগী (হৌজিক মিৎনা উবিনা বৃন্দাবনগী) যোগপীঠ লৈরম্বা মকম অদুদা কবিরাজ গোস্বামীগী মতমদসু (হৌজিকা মতমদসু) শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ (মূর্ত্তি) লৈরম্মী, মহাকী মমিং শ্রীগোবিন্দ দেব কৌই; ইবুংঙো মহাক্তি শ্রীরূপ-গোস্বামীনা লিংখৎলম্বা বিগ্রহনি। রাজ সেবা—নিংথৌ অমদা সেবা তৌবদোন তৌনা সেবা অদু বাজ সেবা হায়নৈ; মমন য়াম্না য়াম্বা পোচচ্না সেবা তৌবা। মমাঙ্গ লিশিং অমা পানবনা—সেবাগী পোচ্চং অঙকপা থিবিক্না তিনবা অমসুং মথং-মনাও নাইনা য়াম্না ফজনা সেবা তৌবগী বারী অদু মমাঙ্গ লিশিং অমা পামবনসু শীংথাহুনা লোইবা নাইদে। কৃষ্ণগী মহৌশাগী অকবা গুণ য়াংখৈ:—১। য়াম্না ফজবা হকচাং ২। ফজবা খুদম পুন্নমক্না তিনবা, ৩। পুক্লিং হুবা, ৪। মঙাল চাউবা, ৫। শাঙ্গল কনবা ৬। পাখংমচাগী চহিদগী হেন্নগৎথিবা লৈভবা, ৭। মথল মথা অযাম্বা লোল খঙবা, ৮। অচুম্বা রা ঙাংবা, ৯। অথুম্বা বা ঙাংবা ১০। রা ঙাংথোরকপদা ভানা মুংঙাইবা অমং রা ঙাংবা হৈবা, ১১। নিংথিজবা পণ্ডিত, ১২। লৌশিং শিংবা, ১৩ অঙকপা লৌশিং লৈবা, ১৪। রস খঙবা (বিদগ্ধ), ১৫। হৈ-শিংবা, ১৬। দক্ষ (অকুনা থবক থুনা তৌবা ঙম্বা) ১৭। তৌবিমল খঙবা, ১৮। অচেৎপা ব্রত তৌবা, ১৯ দেশকাল-পাত্র খঙবা, ২০ শাস্ত্র হৈবা, ২১। অশেংবা, ২২। লাক্লিনবা ঙম্ব, ২৩। শঙ্গা, ২৪। ইন্দ্রিয় খুত্থম চনবা ঙম্বা, ২৫। ঙাকপি হৈবা, ২৬। গম্ভীর লৈন, ২৭। পুক্নি ভম্মা, ২৮। সাধু, শাউবা বরবপা লৈভব; ২৯। পীনহৈবা, ৩০। ধর্ম্ম লৈবা, ৩১। লান তৌবদা থৌন ফবা, ৩২। মীগী মরাবা উরগা রাবিবা, ৩৩। ব্যবহার ফজবা, ৩৪ দক্ষিণ (স্বভাব ফবনা লমচৎ থোংপা), ৩৫। নোম্নকপা ৩৬। ইকাই খীগনবা, ৩৭। চংক্লরকপা মীবু ঙাকপিহৈবা, ৩৮। মুংঙাইনা লৈবা, ৩৯। ভক্তবু চানম্বিবা, ৪০। প্রেমগী মখাপোনবা, ৪১। অকম্বা পুন্নমক লীবা ঙম্বা, ৪৩। মিংচৎকী শোয়কৃফম, ৪৪। মীনা মুংশিনফম মশক ওইবা, ৪৫। সাধুগী চংজমনা, হইনা, ৪৬। মুশীগী পুক্নিং হুনা, ৪৭। পুন্নমক্না লাথনফম ওইবা, ৪৮। চাখোম্মা পুন্নমক্না তিনবা, ৪৯। থ্বাইদগী অথোইবা অমসু ৫০। ঈশ্বর - শ্রীকৃষ্ণগী মমিং মীনা ঙমদনা লৈবা গুণ পুন্নমক অদুগী মমুংদা য়াংখৈ অসিনা অথোইবনি। ভ. র. সি, দক্ষিণ ১।১১।

পণ্ডিত গোসাঞির শিষ্য অনন্ত আচার্য্য।
কৃষ্ণ প্রেমময় তনু উদার মহা আর্য্য॥ ৫৪
তাঁহার অনন্ত গুণ কে করু প্রকাশ।
তাঁর প্রিয়শিষ্য ইঁহো পণ্ডিত হরিদাস॥ ৫৫

অর্থ :—

পণ্ডিত গোসাঞিগী শিষ্য অনন্ত আচার্য্যনি।
কৃষ্ণপ্রেমগী হকচাংনা পুকচেন যাম্না চাউবনি॥ ৫৪
মহাক্কী গুণবু কনানা শীংথাগা ঙমগনি।
মহাক্কী অচানবা শিষ্যদি পণ্ডিত হরিদাসনি॥ ৫৫

## গৌর-কৃপা টীকা

অনুবাদ।—ভগবান্দা মী অমত্তনা মহৈ নিদবা ভক্তি লৈজরবদি লাই পুম্নমক্কা গুণ পুম্নমক্কা লোঙ্গননা মাঙোন্দা নিত্তিগী লৈ। অমুগা মী অমত্তনা হরিদা ভক্তি লৈত্রবদি, মহাক্কী অচৌবা গুণ অমত্তনা করি তৌনগনি? মবম অমত্তনা অমত্তম ওইবা মীওইবা অমত্তনা মতম লৈবা খিবিক্তা মপুক্লিং অমত্তন ফত্তবা লম্বিনা অরেপ্পা লেতবা কান্নদবা মায়াগী হুংঙাইবদা—চেনশিল্লী (পামহুনতা লৈ)। ৫

অকিঞ্চনা—মহৈ নিদবা, অচুম ওইবা ভক্তি অমত্তনা করি হ্বা থবক অমা তৌবদা মহৈ ভুক্তি-মুক্তিনচিংবা নিব লৈতবা মাতুব্র অকিঞ্চনা ভক্তি কৌই। সর্ব্বেগুণৈঃ—জ্ঞানবৈরাগ্যনচিংবা, অমদি অচুম্বা ও গুণচিংবা গুণ পুম্নমক্কা লোঙ্গননা। ভক্তিনা কৃপা তৌদরবা মী অমত্তুদি লাই পুম্নমক্কা গুণ পুম্নম। লোঙ্গননা মাঙোন্দা লৈ, হাঙ্গবদি মী অমত্তু গুণ পুম্নমক্কা লৈতে ভী সমাসার—ইফোং ফোংনা লৈ। হাঙ্গবদি ফজবা গুণ খিন্দিক্কা ভক্তবু থাদোক্তে তৌইগু স্তুং ভক্তনবা (লাই নংবা) মথোঙ্গদদি ভক্তিনা কৃপা তৌবিদে, মথোঙ্গা মশাদা বরিগুবা অচৌবা ফজবা গুা অমতনা চংবা ঙমদে; মরমদি ভক্তিরাণীনা কৃপা তৌবিবগতা অচৌবা গুণ পুম্নমক ফংবা ঙম্মী। ভক্তনত্তনা (লাই নীংদনা) শিং দি ভাবিবনা নপ ফংবা ঙমদে, মরম অমত্তনা মথোঙ্গনা মনোরথেন—পুক্লিংগী শগোনগাডীনা চংলীবা মাইকৈদা লমজেন য়াংনা চংলী অসত্তি—ফত্তবা বিষয়দা (সংসারদা), গবেপ্পা-নত্তব কাদবা—সংসারবিষয়-হুংঙাইনবগী দমক বহিঃ-মপাল্লোমদা, শ্রীকৃষ্ণদগী লাপথোকখিবা মপাম্ফংবা মাই করেনদা ধাবতঃ—চেল্লী! মথোঙ্গী অমত্তু অরেপ্পা নত্তবা কান্নদনা—সংসারবিষয়-হুংঙাইনা পান্বনা কৃষ্ণদগী লাপ থোক্তুনা মপাল্লোমদা চেল্লী হাঙ্গহুনা ভক্তিনা কৃপা তৌবিনা, মবমদি, মথোঙ্গী মপুক্লিংদা ভুক্তি-মুক্তি পাম্লিবা মতম মথৈদি ভক্তি কৃপা ফংবা ঙমদে

পণ্ডিত হরিদাসনা মরমদা লোক অসি চিংখৎলুরবা অসিনা করি খণ্ডনবগে হাঙ্গবদা, মহাক অসি নিষ্কাম ভক্ত ওইরম্মী, ভুক্তি-মুক্তি ফংনীংবগী মমি ফাওবা থমোইদুংদা লৈত্রে হাঙ্গবা খণ্ডনৈ।

৫৪-৫৫। পণ্ডিত গোসাঞি—শ্রীল গদাধর পণ্ডিত গোসাঞি। মহাক্কী শিষ্যদি শ্রীল অনন্ত আচার্য্যনি; শ্রীল অনন্ত আচার্য্যগী শিষ্যনা শ্রীল পণ্ডিত হরিদাসনি।

চৈতন্য নিত্যানন্দে তার পরম বিশ্বাস।
চৈতন্যচরিতে তাঁর পরম উল্লাস॥ ৫৬
বৈষ্ণবের গুণগ্রাহী, না দেখযে দোষ।
কায়মনোবাক্যে করে বৈষ্ণব-সন্তোষ॥ ৫৭
নিরন্তর শুনেন তেঁহো চৈতন্যমঙ্গল।
তাঁহার প্রসাদে শুনেন বৈষ্ণব সকল॥ ৫৮
কথায় সভা উজ্জ্বল করেন যেন পূর্ণচন্দ্র।
নিজ গুণামৃতে বড়ায বৈষ্ণব আনন্দ॥ ৫৯
তেঁহো বড় কৃপা করি আজ্ঞা কৈলা মোরে।
গৌরাঙ্গের শেষ লীলা বর্ণিবার তরে॥ ৬০

অর্থঃ—

মহাত্মা চৈতন্য নিত্যানন্দবু যাম্না থাজে।
চৈতন্যগী রারী তারগা যাম্না নুংঙাইজে। ৫৬
মীগী দোষ য়েংদে বষ্ণবকী গুণ চেনবা মীন।
বৈষ্ণবকী পেন্নবা তৌই থরাই হকচাং য়াম্না॥ ৫৭
তত্তনা চৈতন্যমঙ্গল লাইবিক তাই মহাক্
বৈষ্ণব পুম্নমকপুসু তাহল্লী মহাক্না। ৫৮
মপুং ফাবা থা-গুম্না, সভা লংহল্লী।
মাগী মগুণ্না, বৈষ্ণবগী নুংঙ ইবা য়েলহল্লী॥ ৫৯
মহাক্না কৃপা তৌদুনা ঐঙোন। য়াথং পী
গৌরাঙ্গগী অরে হবা লীলা হংবা তাকপী। ৬০

---

গৌর কৃপা-টীকা

৫৭। অথোইবা বৈষ্ণবশিংগী মহুংদা করিগুম্বা দোষ অমতা লৈরবা মবনু থংতে মা কনাগুম্বগী দোষ মথোইগী মমিংনা য়েংদে

৫৮ ৫৯। পয়ার অনি অসিগী ভ বর্তি অসুম। নীংঙ্ঙি—পণ্ডিত শ্রীল হরিদাসনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত পারগা বৈষ্ণব পুম্নমকপু তাহল্লী।

৬০। মহাক্না পণ্ডিত শ্রীল হরিদাসনা।

কাশীশ্বর গোসাঞিব শিষ্য গোবিন্দগোসাঞি।
গোবিন্দের প্রিয় সেবক তাঁর সম নাঞি॥ ৬১
যাদবাচার্য্য গোসাঞি শ্রীরূপের সঙ্গী।
চৈতন্যচরিতে তেঁহো অতি বড় রঙ্গী॥ ৬২
পণ্ডিত গোসাঞির শিষ্য ভুগর্ভ গোসাঞি।
গৌর কথা বিনা তাঁর মুখে অন্য নাঞি॥ ৬৩
তাঁর শিষ্য গোবিন্দ পূজক চৈতন্যদাস।
মুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী প্রেমী কৃষ্ণদাস॥ ৬৪
আচার্য্য গোসাঞিব শিষ্য চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ।
নিরবধি তাঁর চিত্তে শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ॥ ৬৫
আর যত বৃন্দাবনবাসী ভক্তগণ॥
শেষ লীলা শুনিতে সভার হৈল মন॥ ৬৬
মোরে আজ্ঞা কবিলা সভে করুণা কবিযা।
তা সভার বোলে লিখি নির্লজ্জ হইযা॥ ৬৭

অর্থ :—

কাশীশ্বব গোসাঞিগী শিষ্য গোবিন্দ গোসাঞিনি।
মাগা মাম্নবা গোবিন্দগী মনাই নৈতবনি। ৬১
যাদবাচার্য্য গোসাঞি শ্রীরূপকী লোইনবনি।
মহাকম্ভ চৈতন্য রবী যাম্না পাংজবনি।। ৬২
পণ্ডিত গোসাঞিগী শিষ্য ভুগর্ভ গোসাঞিনি।
গৌরগী য় নত্তনা তৈ মচিন্দা ঙাংদবনি।। ৬৩
মাগী শিষ দি গোবিন্দ নীংবা চৈতন্যদাসনি।
মুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী প্রেমী কৃষ্ণদাসনি। ৬৪
আচার্য্য গোসাঞিগী শিষ্য চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ।
মাগী থমোইদা লৈ শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ।। ৬৫
বৃন্দাবনদা লৈরিবা ভক্ত পুম্নমক্না।
য়াম্না খৌরাংলে অরোইবা লীলা তানবা।। ৬৬
মযাম্না চানবিদুনা ঐঙোন্দা য়াথং পীরে।
মখোয়গী খোম্মোক্না ইকাইবা খঙদনা ইজরে।। ৬৭

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৬৫। আচার্য্য গোসাঞি—শ্রীল অদ্বৈত আচার্য্য গোস্বামী।

এই গ্রন্থ লেখায় মোরে মদনমোহন।
আমার লিখন যেন শুকের পঠন॥ ৭৩
সেই লিখি, মদনগোপাল যে লিখায়।
কাষ্ঠের পুত্তলী যেন কুহকে নাচায়॥ ৭৪
কুলাধিদেবতা মোর মদনমোহন।
যাঁর সেবক রঘুনাথ রূপ সনাতন॥ ৭৫

অর্থ :—

লাইরিক্সি মদন মোহন্না ঐবু ইহনবনি।
তে-নবা তম্বিবগুম্না ঐবু তম্বিবনি। ৭৩
ইজরিবসি মদন গোপালনা ইহনবনি।
উ-গী হং-বু মীনা জগোই শাহনবগুম্বান॥ ৭৪
মদনমোহন অসি ঐগী শাগেগী লাইনি।
মাগী মনাই রঘুনাথ-রূপ-সনাতননি॥ ৭৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

গোপালগী প্রসাদী-লৈপাক্নেং অহু পুক্তুনা কবিরাজ-গোস্বামীগী থৌরীদা হকপিয়রে; অহুন ওইবা প্রসাদী লৈপবেং অহুবু মদনগোপালগী লাইরিক লেংবা হুমজরো হাঙৈনা য়াথং পীবিরবনি হাঙৈনা নীংজরহুনা কবিরাজগোস্বামী, য়াম্না মুংঙাইজরে অমম্ভুং মফম অহুমক্তদা খুদক অহুমক্তদা লাইরিক ইবা হৌখ্রে।

৭৩-৭৪। লাইরিক লেংবদা কবিরাজ গোস্বামী মশাগী করিস্থ মতিক-চাবা লৈত্তে; মহাকপু মপু শাহল্লগা শ্রীমন মদনগোপালনা লাইরিক অসি ইহনবনি, অস্থুম্না হাঙৈহুনা কবিরাজ গোস্বামীনা মশাগী অতোনবা নোল্লুবপা ফোংদোকই।

৭৫। অতোপ-ঙতোপ্পা ত্রি বিগ্রহ বর্ত্তমান লৈরগা করি মরম্না কবিরাজ গোস্বামীনা ইহান হানবদা শ্রীশ্রীমদনগোপালগী য়াথং লৌবা করিগী চৎলুরিবনো, মাহু হাঙৈজরি। শ্রীল রঘুনাথ, শ্রীল রূপ-সনাতননচিংবা অসি কবিরাজ-গোস্বামীগী শিক্ষাগুরুনি; শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীনা ইবা রঘুনাথ ভট্টাষ্টকতা খঙব ঙমই, শ্রীল রঘুনাথ ভট্ট-গোস্বামী অসি মহাকী দীক্ষাগুরুনি। মখোঙৈ পূম্নমক্না শ্রীশ্রীমদনগোপাল সেবা তৌরম্মী; মরম অহুমগী মহাকী শাগেগী লাই, মদনগোপাল ইবুংঙো ওইখিবনি; মরম অহুনা খ্বাইদী ইহান-হানবদা মহাক্না মদনগোপালগী য়াথং লৌবা চৎলম্বনি।

বৃন্দাবন দাসের পাদপদ্ম করি ধ্যান।
তাঁর আজ্ঞা লঞা লিখি যাহাতে কল্যান॥ ৭৬
চৈতন্য লীলাতে ব্যাস বৃন্দাবন দাস
তাঁর কৃপা বিনা অন্যে না হয় প্রকাশ॥ ৭৭
মূর্খ নীচ ক্ষুদ্র মুঞি বিষয় লালস।
বৈষ্ণবাজ্ঞা-বলে করি এতেক সাহস॥ ৭৮
শ্রীরূপ-রঘুনাথ চরণের এই বল।
যাঁর স্মৃতে সিদ্ধ হয় বাঞ্ছিত সকল॥ ৭৯
শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ৮০

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডেগ্রন্থ করণে বৈষ্ণবাজ্ঞারূপ কথনং নাম অষ্টম পরিচ্ছেদঃ॥ ৮

অর্থ :—

বৃন্দাবন-দাসকী মখোঙ-থপ্পান ধ্যান তৌদুনা।
শোঙদনবা ইজবনি, মাগী য়াথং লৌ-লৌদুনা॥ ৭৬
চৈতন্য লীলাগী ব্যাসতি বৃন্দাবনদাসনি।
মাগী কৃপা নত্তবা ফোংদোকপা ঙমদবনি॥ ৭৭
ঐদি নিযয় পাম্বা য়াম্না তোঙ্গবা মূর্খনি।
বৈষ্ণবকী য়াথংনা পাঙ্গল ওইদুনা ইবনি॥ ৭৮
শ্রীরূপ-রঘুনাথকী চরণ পাংগলনি।
নীংজবদা অপাম্বা পূম্নমক থুংহনবনি। ৭৯
শ্রীরূপ-রঘুনাথ-চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজে কৃষ্ণদাসনা॥ ৮০

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি খণ্ডদা লাইরিক লেংলমদাহনদা বৈষ্ণবশিংগী য়াথং লৌবগী মরম শীংথংজবা নীপান শুবা মতাং লোইজরে॥ ৮

---

গৌর-কৃপা টাকা

৭৬-৭৭। কবিরাজ-গোস্বামীনা ধ্যান তৌদুনা শ্রীল বৃন্দাবনদাস-ঠাকুরগী য়াথং লৌরম্মী। চৈতন্যলীলাগী ব্যাস ওইরিবদি বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনি; মরম অসিনা চৈতন্য লীলা ইবগী অধিকার মপুং ফানা মাঙোন্দা লৈ; মহাক্না কৃপা তৌবিরগা শীংথাবা ওবগী শক্তি অদু পীবি; মহাকদ্ৱ শীংথাবা ঙমই-অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা কনাগী থমোইগা লীলা অসি ফাওবা ঙমদে। মরম অদুনা কবিরাজ গোস্বামীনা বৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী য়াথং লৌরিবনি।

**জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র ।**
**জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় জয় নিত্যানন্দ ॥ ১**

**অর্থ :—**

**জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র ।**
**জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় জয় নিত্যানন্দ ॥ ১**

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

খৌরম অমনি, ধর্ম্ম পুন্নমক্তগী হেন্না রাংবা থাক্লি হাঙ্গৈনা ভাব তানরে। অরেপ্পা পোৎশক খঙলবা মতুংদা লৈবাক ময়াম অসিদা লৈল্লিবা মীশিং অসিনা মাগী মাগী মমালোন্দা শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরিক অসি হন্দোক্লুনা হাঙ্গৈবদি ইংরেজীদা ইথোক্লুনা শুরু নাইনা তম্লহুনা হৈনখরে। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মরমদা পামজনা নৈনরক্লিবা অসি আমেরিকানচিংবা লৈবাক পুন্নমক অসিগী প্রজাশিংনা চহি ৪৮৩ রোম শুরে। বিবেকানন্দগী সেবক অমসুং সেবক অহুগী নাইথাংশিং অহুদি হৌজিক কাওবা শা, ঙা, য়েকম চাখিজ্রে। পৃথিবীগী মমুংদা মমিং চৎলবা মফম সান ফ্রান্সিসকোদা লৈবা "বাল ডান্স হাউজ" কৌবা মফম অহু হৌজিক হরি সঙ্কীর্ত্তনগী মফম ওইখরে; মফম খুঁদংদা মীয়াম তিন্নহুনা লম্বীদা কীর্ত্তন তৌহুনা চৎনরক্লে। ইং ১০৬৬ তা ইউনাইটেদ ষ্টেট্টা মহাপ্রভুগী ধর্ম্ম চাওখৎনবগী মরমদা মরূপ অমা লিংখৎখরে। ইং ১৯৬১ দা লম ত্রকর ৪০০ কতুনা অনৌবা বৃন্দাবন অমা শেমখরে, লাইশং মন্দির তরেৎ শাখরে, লাইশংশিং অহুদা শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ, অমসুং মদনমোহন অসিনচিংবা মূর্ত্তি শাহুনা থম্লগা সেবা চৎনগনৌরি। তাং ২১ সেপ্তেম্বর ১৯৬৯ ইং অমৃতবাজার পত্রিকা নোংমাইজিং।"

পরমানন্দপুরীনচিংবা মী মাপন তসিনা লেঙদবা উপাল অসিগী মরা ওইরা। শ্রীমনমহাপ্রভুগী লোঙ্গৈনবশিং অমসুং মখোঙ্গীগী শিষ্য, মনাইগী নাইথাং পুন্নমক অসিনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপা ফংহুনা মী পুন্নমক্তা প্রেম পীবিরম্মী।

শ্লো। ১। অন্বয়। জগদগুরুং ( জগৎকী গুরু ) তং ( অদুম ওইবা ) শ্রীমৎ কৃষ্ণচৈতন্য দেবং ( শ্রীমৎ কৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোবু ) বন্দে ( ঐনা খুরুমজরি )—যস্য ( মহাক্কী ) অনুকম্পয়া ( কৃপানা ) শ্বাপি ( হুইসু ) মহাব্ধিং ( মহাসমুদ্র ) সন্তরেৎ ( ইবোইহনা লাম্হোকই )।

অনুবাদ। ইবুংঙো মহাক্কী কৃপানা হুইসু ইরোঙ্গৈহুনা মহাসমুদ্র লাম্হোকপা। ওমহল্লী অদুম ওইবা জগদগুরু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোবু ঐনা খুরুমজরি। ১।

জয় জয় শ্রীবাসাদি গৌরভক্তগণ।
সর্ব্বাভীষ্ট পূর্ত্তিহেতু যাঁহার স্মরণ ॥ ২
শ্রীরূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, দাস রঘুনাথ ॥ ৩
এ সব প্রসাদে লিখি চৈতন্য লীলাগুণ।
জানি বা না জানি করি আপন শোধন ॥ ৪

অর্থ :—

শ্রীবাসনচিংবা গৌরভক্তশিংবু খুরুমজরি।
নীংবা মপুংফানবগীদমক নীংশিংজরি ॥ ২
শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, দাস রঘুনাথ ॥ ৩
পূম্নমক্কী থৌজ্জালনা চৈতন্য লীলা শেংজৈ।
খঙলবসু খঙদ্রবসু ইশাগী থমোই শেংজৈ ॥ ৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লোক অসি শ্রীশ্রীহরি ভক্তিবিলাসকী অনিশুবা বিলাসকী অহানবা শ্লোকনি।

শ্রীমন মহাপ্রভুনা প্রেম য়েনবিবগী মগুণ শীংথাবা অসি তম্মোই হায়না খল্লুনা লাইরিক লেংলিবা কবিরাজ-গোস্বামীনা শ্লোক অসিনা মহাপ্রভুবু খুরুমজহনা কৃপা নিজবনি। মহাপ্রভুগী কৃপানা ইচম চম্বা হুই ফাওবা মহাসমুদ্র লাম্বোকপা ঙম্মী, মহাকী কৃপানা ফংলবদি লাইরিক লেংলিবনা ইবুংঙো মহাকা প্রেমদান তৌবা অহুগী মরমদা শীংথাবা ঙমগনি হায়বদা করি ওকফম লৈবগে?

৪। পূম্নমক্কী থৌজালনা—শ্রীরূপনচিংবা গোস্বামীশিংগী কৃপানা। ইশাগী থমোই শেংজৈ—খঙলবসু খঙদ্রবসু ইবু ইবুঙ্গোন্দি ইশাগী থমোই শেংজৈ, অমোংপা লোকই। শ্রীচৈতন্যগী লীলাগুণচিংনা অসি অমুক্কী মতক মগুণ কনথবে, করিগুম্বা মরীবু লৈনরবদি ইশাগী থমোইগী অমোংপা অদু লোকই, মাসি লীলাগুণচিংবগী মহৌশানা লোইনরবা মর্মনি—মেদা চাকপা ওবগী শক্তি লোইনহনা লৈবগুম্বা। মৈদা চাকপা ওবগী শক্তি লৈ—

মালাকারঃ স্বয়ং কৃষ্ণ প্রেমামরতরুঃ স্বয়ম।
দাতা ভোক্তা তৎফলানাং যস্তং চৈতন্যমাশ্রয়ে ॥ ২
প্রভু কহে—আমি 'বিশ্বম্ভর' নাম ধরি।
নাম সার্থক হয় যদি প্রেমে বিশ্ব ভরি ॥ ৫

অর্থ :—

প্রভুনা হাঈ ঐগী ইমিং বিশ্বম্ভর কৌবনি।
প্রেম্না সংসার থল্লবদি মিং মহয় য়ানগনি ।। ৫

## গৌর-কৃপা টীকা

মাসি খণ্ডলবস্তু খণ্ডরবস্তু খুৎনা মৈদবু থিংজিন্নুরবদি হেণ্ডা মপোক্লে। অদুগুমদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলাগুণচিংবগী মগুণ অদু খণ্ডরবস্তু অমচুং লীলাগুণচিংবা অদু শীংথাবা ভয়গী পাজল লৈত্রবস্তু শীংথাজগে হাঙ্গনা হোৎনবা হৌবতা ভাইরিভৈদা লীলাগুণগী অঙকপা শক্তিনা শীংথান্নিবা মী অদুগী থমোইগী অমোৎপা অদু বোনহল্লী।

শ্লো। ২। অন্বয়। যঃ ( মহাক—শ্রীচৈতন্য ) স্বয়ং ( মশানা ) মালাকারঃ ( ইংখোল ভাকপা, মালী ) স্বয়ং ( মশানা ) প্রেমামরতরুঃ ( প্রেম কল্পবৃক্ষ ), তৎফলানাং কল্পবৃক্ষ অদুগী মহয় পূম্নক ) দাতা ( দান তৌই ) ভোক্তা চ ( অমস্তুং চাস্থ চাঈ ), তং ( অদুম ওইবা ) চৈতন্যং ( শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু ) আশ্রয়ে ( ঐনা চংজরি )।

অনুবাদ। ইবুংঙো মহাক্তি মশানা কৃষ্ণ-প্রেমগী কল্পতরু ( ভদ্নিগী লেঙদবা উপালনি ), অদুগা অমুক হন্না মহাক্না মালী ওইদুনা কল্পবৃক্ষ ( লেঙদবা উপাল ) অদুগী মহয় পূম্নমক তক্কদা দানস্থু তৌই, চাস্থু চাঈ, অদুম ওইবা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোনা ঐনা চংজরি। ২।

মখাগী পয়ার পূম্নমক্তা শ্লোক অসিগা অর্থ মচং হাঈজরি।

৫। প্রভু—শ্রীমন মহাপ্রভু। বিশ্বম্ভর—জগৎপু যোকপি হাঈদুনা বিশ্বম্ভর কৌবনি। শ্রীমন মহাপ্রভুনা মপুংফ্লিংদা য়াথন তৌই—"ঐগী ইমিং বিশ্বম্ভর কৌই ; ঐনা জগৎ অসিবু কৃষ্ণপ্রেম পীদুনা য়োকপা ঙম্মবদি—জগৎতা লৈরিবা পূম্নমক অসিগী থমোইবু প্রেম্না থলহনবা ঙম্মবদি ঐগী বিশ্বম্ভর কৌবা মিং অসি মহয় য়ানগনি।"

অর্থ মচংদি—জগৎতা লৈরিবা পূম্নমকপু প্রেম পীবিগে হাঈবগীদমক প্রভুনা লেঙদবা উপালগী ( প্রেম কল্পবৃক্ষগী ) ধর্ম ফোংদোক্লে।

এত চিন্তি কৈল প্রভু মালাকার ধর্ম্ম।
নবদ্বীপে আরম্ভিল ফলোদ্যান কর্ম্ম॥ ৬
শ্রীচৈতন্য মালাকার পৃথিবীতে আনি।
ভক্তি কল্পতরু রুইল সিঞ্চি ইচ্ছাপানি॥ ৭
জয় জয় মাধবপুরী কৃষ্ণপ্রেমপূর।
ভক্তি কল্পতরু তিঁহো অঙ্কুর॥ ৮

অর্থ :—

অসি খন্দুনা প্রভুনা মালী-ধর্ম্ম লৌরে।
নবদ্বীপ্তা প্রেমগী মহয় য়ালহনবা হৌরে॥ ৬
শ্রীচৈতন্য মালীনা পৃথিবীদা লাকুনা।
ভক্ত পাম্বী থারে পুক্লিংগী ঈশিং থিকুনা॥ ৭
শ্রীপুরী কৃষ্ণপ্রেম সমুদ্রবু থুরুমজরি।
মানা ভক্তি পাম্বীগী অহানবা মযোন ওইরি॥ ৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৬। জগৎতা শৈরিবা পুন্নমকপু প্রেম পীবিগ হাঙ্গবগী মরমদা প্রভু মশানা মালীগী থবক তৌদুনা নবদ্বীপ্তা প্রেমগী মহয যাম্নবা বাগান ইংখোন শেম্বা হৌরে।

৭। ভক্তি পাম্বী—ভক্তিগী মশক ৎইব কল্পতরু। ভক্তি পাম্বীনা মপুং ফারক্লবা মতমদা প্রেম পোক্লকই, প্রেম অসিবু ভক্তি পাম্বী অসিগী মহৈনি হায়না নীংবা য়াই। ভক্তি পাম্বীগী মহৈদি প্রেম ওইনা যাগ্নী হায়দুনা প্রভুনা ভক্তি পাম্বী অসি থারে। প্রভুনা নবদ্বীপ কৌবা বাগান ইংখোন্দা ভক্তি পাম্বী অসি থারে, মাদুদা কৃষ্ণপ্রেম মহৈ য়ারে, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ফংগে হায়না নীংলবদি নবদ্বীপকী শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গবু মাগী লে ঈনবাশিং গা লোয়ননা অহানবদা সেবা তৌগদবা (নীংগদবা) ওই। শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গগী সেবাবু (নীংববু) তৌরমক্রবদি শ্রীমন মহাপ্রভুনা পামজবা ব্রজপ্রেম ফংবা ঙমগে। বাগানগী উ পাম্বী মখোঙদা ঈশিং চাইবগা চাওখৎলকই, প্রভুগী বাগানগী ভক্তি কল্পবৃক্ষদি প্রভুগী পুক্লিংনা চাউখৎহল্লম্মী। হায়বদি প্রভুগী ইচ্ছানা পাম্বীগী মনা-মহেগী মশক ওইবা ভক্তশিংগী মশীং অদু হেনগৎহল্লম্মী।

৮। হৌরিক ভক্তকল্পবৃক্ষ হৌরকপগী মথং-মনাও অদু হায়রুনি। শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরীদা ভক্তি পাম্বীগী মযোম্নি। মহাক্তি কৃষ্ণপ্রেমগী সমুদ্রকুনি। সমুদ্রগী ঈশিং মাহ

শ্রীঈশ্বরপুরীরূপে অঙ্কুর পুষ্ট হৈল।
আপনে চৈতন্যমালী স্কন্ধ উপজিল॥ ৯
নিজাচিন্ত্যশক্ত্যে মালী হৈয়া স্কন্ধ হয়।
সকল শাখার সেই স্কন্ধ মূলাশ্রয়॥ ১০

অর্থঃ-

শ্রীঈশ্বরপুরীনা মঙোন অঙ্কু নোংইহল্লী।
মালী ওইবা চৈতন্য প্রভুনা মউ ওল্লী॥ ৯
মহাক্কী খঙঙমদ্রবা শক্তিনা মউ ওই।
মসা পুম্নমক্কী মউ অতুদা ংফম ওই॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মনিল ওইনা কাথংখ্রগা নোংহংদিনা (চৈচিন) অসি ওল্লী, মলিবানোং অসিদগী ঈশিং ওন্দুনা পৃথিবীদা চুখৎকুন পুখ্রী-শাংবান পুন্নমক থল্লী; মাতুদগী মীশিংনা ঈশিং ফংই। মতৌ অঙুগুমহন্না শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীদগী মথং মথং জীব-না প্রেম ফংই হাঙ্গৈন মহাকপু কৃষ্ণপ্রেমগী সমুদ্র হাঙ্গৈরিবনি। তশেংবদি শ্রীমন মহাপ্রভুদগী পৃথিবীদা লৈরিবা জীব-না কৃষ্ণপ্রেম ফংই; মপানগী লীলাদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মহক্কা দীক্ষা গুরু শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীদগী প্রেম ফংই অমসুং শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীন অমক শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীদগী লাইমিং লৌদুনা (দীক্ষা লৌদুনা) প্রেম ফংই। মরম অসিনা জীব-না প্রেম ফংবা মথং-মনাও ন্যাইব। চেষ্টবকপা অসি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীনা শরু মকোক্কি, মরম অদুনা মহাকপু ভক্তি-পাম্বীগী ময়েন্নি হাঙ্গৈরিবনি।

শ্রীপুরী—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী।

৯। মাধবেন্দ্র পুরীদগী ঈশ্বরপুরীদা প্রেম শাংকাইবকই (ফোংদোবকই) হঙ্গদুনা ঈশ্বরপুরীবু মঙোন নোঙ্গননবা শেন্নবা ভক্তনি হাঙ্গনৈ। মহাপ্রভুনা লীলা অসিদা মহাপ্রভুনা শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীদগী প্রেম ফংই হাঙ্গদুনা প্রভুবু ভক্তি পাম্বীগী মঙোন হাঙ্গনৈ।

১০। শ্রীচৈতন্যনা মালী ওইরগা মতৌ করম্না উপাম্বীগী মউ ওইবগে? মাহু খুদক্কি—প্রাকৃত মালী ওইরিবা অসিনদি কৈদৌ উদম্ব উগী মউ ওইফম খোঙ্গে; চৈতন্য-গুসাইং মহাক্কী অচিন্ত্য শক্তিনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মালী ওইবসু মউ ওনবা ঙম্মী।

পরমানন্দপুরী আর কেশব ভারতী।
ব্রহ্মানন্দপুরী আর ব্রহ্মানন্দ ভারতী ॥ ১১
বিষ্ণুপুরী, কেশবপুরী, পুরী কৃষ্ণানন্দ।
শ্রীনৃসিংহতীর্থ, আর পুরী সুখানন্দ ॥ ১২
এই নব মূল নির্কসিল বৃক্ষমূলে
এই নবমূলে বৃক্ষ করিল নিশ্চলে ॥ ১৩
মধ্যমূল পরমানন্দপুরী মহাধীর।
অষ্টদিকে অষ্টমূল বৃক্ষ কৈল স্থির ॥ ১৪

অর্থ :—

পরমানন্দপুরী অমসুং কেশব ভারতী।
ব্রহ্মানন্দপুরী ব্রহ্মানন্দ ভারতী ॥ ১১
বিষ্ণুপুরী, কেশবপুরী, কৃষ্ণানন্দ।
শ্রীনৃসিংহতীর্থ, অমসুং পুরী সুখানন্দ ॥ ১২
মাপল'সি মরা ওইদুনা মবাদগী থোরক্লে।
মরা মাপল'সিনা মউ অদু চেংশিনহল্লে ॥ ১৩
পরমানন্দপুরীনা মযাইগী মরা নি।
মাইকৈ নীপাল্দা মরা শীপাল্লা ফবিবনি ॥ ১৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

মসাপুম্মক্না নচিংবা— শ্রী নিত্যানন্দনচিংবা মসা পুম্মক্না লৌজফম ওইরিবদি, মউগী মশক ওইরিবা শ্রীচৈতন্যনি, উগী মউদা চংজরগ মসা-মসেংনচিংবনা মনামপান মহক্ক য়ানবা ওম্মী, অদুগুমদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুদা চ জরগা (ইবুংগো মহ ক্কী শক্তিনা) মহাক্কী লোইনবশিংনা জগৎতা প্রেম য়েনবি।

১১ ১৩। পরমানন্দপুরীনচিংবা ভক্ত মাপন্না ভক্তি কল্পবৃক্ষগী মরা মাপন ওইরে; উগী মরূদগী মাইকৈ মরিদা মরা থোক্তুনা উ অদুবু চেংনা ফজন থমী, অদুগুমদুনা পরমানন্দ পুরীনচিংবা ভক্ত মাপন্নসু উগী মশক ওইবা শ্রী চৈতন্যবু ফজনা থম্মী প্রেমদান তৌবদা তেংবাংঙা।

১৪। মরা মাপনগী মমুংদা পরমানন্দপুরীনা মায়াইগী মরা (মরু) নি; মাদুনা চপদুনা লৈবাক্কী মমুংদা চংখি, কেশবপুরীনচিংবা ভক্ত নীপান্না মাইকৈ নীপাল্দা মরাগী মতৌদুনা লৈদুনা মহাপ্রভুবু তাক্লি।

স্কন্ধের উপরে বহু শাখা উপজিল।
উপরি উপরি শাখা অসংখ্য হইল॥ ১৫
বিশ বিশ শাখা করি এক-এক মণ্ডল।
মহা মহা শাখা ছাইল ব্রহ্মাণ্ড-সকল॥ ১৬
একৈক শাখাতে উপশাখা শত শত।
যত উপজিল শাখা, কে গণিবে কত?॥ ১৭
মুখ্য মুখ্য শাখাগণের নাম অগণন।
আগে ত করিব, শুন বৃক্ষের বর্ণন॥ ১৮

অর্থ :—

মউ মথক্তা মসা-মরেং য়াম্না লোংখরে।
মসা লোংখৎলকপনা মশীং থীবা ওমদরে। ১৫
মসা কুন-বুম্না-চয়োং অমমম শারে।
অচৌ-অচৌবা মসানা ব্রহ্মাণ্ড কুপখরে।। ১৬
মসা অমমমদা চাম-চামা লোংলকপনা।
লোংলক্লিবা মসাসি শংখ্যাগনি কনানা?।। ১৭
মরু মরু ওইবা মসাশিং ওমদে শীংথাবা।
অহানবদা তাবিয়ু উগী মবম শীংথানা।। ১৮

## গৌর-কৃপা টীকা

১৫ উপী মরু (মরা) শীংথাখ্রবনিনা গৌজিক মসা-মরেংগী মরমদা শীংথাজরি। মউগী মথক্তা মসা অচৌবা যাম্না চোংখরে, মাহুগী মথক্তসু মসা মচা মচা য়াম্না চোংখরে; হায়রিবদি শ্রীচৈতন্যদা চংজহনা শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা মরু ওইবা লোঙ্গনবা লৈ অমসুং মখোঙ্গদা অমুক চংজহনা শিযা মথাং-মথাং য়াম্না পেক্তুনা প্রেম য়েনবিবা হৌরকই।

১৬। "কুন কুন" হায়বা ময়াম ময়াম্ভু থওনৈ। মকোক ওইনা ভক্ত অমদা চংজহনা ভক্ত য়াম্না পোকখরে, মখোঙ্গী মহুনা কাংবু অমা শাখরে; মতৌ অসুম্না কাংবু নাইহনা মাইক খুদিংদা মপান খোরকুনা প্রেম য়েনবিবা হৌরক্রে।

১৭। অথোইবা ভক্ত অমগী মতুং ইন্নবা অসি, ভক্ত কাংবু কাংবুনি। মসা—উদা, মনাই।

১৮। অহানবদা তাবিয়ু—অহানবদ, উগী মউগী ব্যাখ্যা লোইরগা মতুংদা মরু মরু ওইবা মসাশিংগী মমিং শীংথাজরকনি।

বৃক্ষের উপরে শাখা হৈল দুই স্কন্ধ।
এক অদ্বৈত নাম, আর নিত্যানন্দ ॥ ১৯
সেই দুই স্কন্ধে বহু শাখা উপজিল।
তার উপশাখাগণে জগৎ ছাইল ॥ ২০
বড় শাখা উপশাখা তার উপশাখা।
যত উপজিল, তার কে করিবে লেখা ? ॥ ২১
শিষ্য প্রশিষ্য আর উপশিষ্যগণ।
জগৎ ব্যাপিল তার নাহিক গণন ॥ ২২

অর্থ :—

উগা মথক্তা অচৌবা মসা অমি লোংলে।
মমিংদি অদ্বৈত নিত্যানন্দ হায়না থোক্লে ॥ ১৯
মসা অনি অত্তুদগী মসা য়াম্না পোকখ্রে।
অত্তুদগী লোংলকপা মসানা জগৎ থনখ্রে ॥ ২০
অচৌবা মসা অত্তুদগী সাথাং পোক্লকপনা।
যাম্না য়ামখ্রে মাত্তুবু শীংথাগনি কনানা ? ॥ ২১
মনাই নাইথাং মাত্তুগীশু নাইথাংশিংনা।
জগৎ শিন্থুংখবে মশীং থীবা ওয়োই মীনা ॥ ২২

গৌর-কৃপা-টীকা।

১৯। মরুগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যদগী শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনিনা উগা অচৌবা ওইত্তুনা মপান থোকখ্রে। হায়রিবদি প্রেম য়েনবগী মরমদা শ্রীচৈতন্যগী মত্তুংদা মরু ওইবা মকোক ওইরিবাদি শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনি। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনিদি ঈশ্বরতত্ত্বনি হায়রিত্তুনা মখোয়বু মরু ওইবা মউদগী থোরকপা অচৌবা অহানবা মসা ওইনা শীংথাজরে।

২০-২২। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইনবা শিষ্য মনাই, মনাই অত্তুগী নাইথাং মখোয়গী অত্তুগীশু নাইথাং আমনচিংবা মশীং থীবা ওয়োইরবা ভক্তনা প্রেম য়েনবিগে হায়রিবগী মরমদা চৈতবাক্কী মফম অমাত্তদা শন্দোকখ্রে।

উড়ুম্বরবৃক্ষে যৈছে ফলে সর্ব্ব অঙ্গে।
এই মত ভক্তিবৃক্ষে সর্ব্বত্র ফল লাগে ॥ ২৩
মূল স্কন্ধের শাখা আর উপশাখাগণে।
লাগিল যে প্রেমফল অমৃতকে জিনে ॥ ২৪
পাকিল যে প্রেমফল অমৃত মধুর।
বিলায় চৈতন্যমালী- নাহি লয় মূল ॥ ২৫

অর্থ :—

মসা'পুম্বদা মহৈ য়ানবা হৈবোংগুম্বনি।
অদুগুম্না ভক্তি পাম্বীদা মহৈ য়ানবনি। ২৩
মসা শচোবা অদুগা মসা মচাশিংদা।
অমৃতবু হেনবা মহৈ পাম্লী মাহুদা ॥ ২৪
মূক্রে প্রেমফল অদু থুম্মী অমৃতবু হেন্না।
চৈতন্য মালীনা য়েনবিরে মমল য়াওদনা ॥ ২৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

২৩। হৈবোংগুম্বনি—অশিহৈবোংগুম্বনি। ভক্তি পাম্বীদা মহৈ য়ানবদি প্রেমনি। শ্রীচৈতন্যদগী হৌহুনা মহাক্কী মনাই, মনাই অদুগী মনাই নাইথাং পূম্নমক অসিনা শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা প্রেম য়েনবগী থবক্তা মতিবচানা তৌবা ঙম্মা।

২৫। মমল য়াওদনা - মমল লৌদে ; হৌনবি মতুংইন্না সাধন ভজন তৌবা ঙাইবিদ্রে। মায়া থৌজাল হৈবা শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা ফেংদোক্লা শাম্নবা লীলাদা জীবনা সাধন-ভজন তৌবা থিবিদনা, মমাল লৈব। লৈতবগী বিচার থিবিদনা উন-উনবা মীদা কৃপা পীবি, ইবুংঙো মহাক্কী অন্তকপা শক্তিগী মগুণা হেক নীলকপদা মমাল লৈবা মী অদুগী মহৎল অদু কোকথোকপিদুনা থুদক অদুমক্তদা মহাকপু প্রেম পীবি। পয়ার ১। ৮। ২৭ [illegible] ১।৮। [illegible] টীকাদা য়েংবিয়ু।

ত্রিজগতে যত আছে ধন রত্ন-মণি।
এক ফলের মূল্য করি তাহা নাহি গণি॥ ২৬
মাগে বা না মাগে কেহো—পাত্র বা অপাত্র।
ইহার বিচার নাহি, জানে 'দিব' মাত্র॥ ২৭
অঞ্জলি-অঞ্জলি ভরি ফেলে চতুর্দিশে।
দরিদ্র কুড়ায়ে খায় মালাকার হাসে॥ ২৮
মালাকার কহে শুন বৃক্ষ পরিবার।
মূল শাখা প্রশাখা যতেক প্রকার॥ ২৯

অর্থ :—

মবোল অহুম'সিগী সনামণি-মুক্তা-রত্না।
প্রেমফল অমগী মমল কদে তাওবা মরম্না॥ ২৬
নিরবস্তু ভিক্ষবস্তু কনগুম্বা ভজনা।
পংপিদা পীথোকই বিচার তৌদে মহাত্মা॥ ২৭
চাংথোকই ঙাক্লগা মবিদা খুজোক থম্না-থম্না।
লাইরবশিংনা খুন্দুনা চাঙী, নোকই মালীনা॥ ২৮
মালীনা হাঙী তাও উগী লোইনবা মরূপশা।
মধা উসা অচৌবনাচংবা মসা মরেংশা॥ ২৯

গৌর-কৃপা টীকা

২৬। মবোল অহুম অসিদা লৈবি। শেল সনা লুপা রত্না পুন্জিন্দুনা অমতা ওইরগস্সু প্রেমফল অমগী মমল ফংদে, কৃষ্ণ প্রেমদি য়াম্না তাওগ্রবনি, অহুবু শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা প্রেমসিবু থেংনথেংনকবা মাদা পংপিদ-পীথোকই।

২৭—২৮। প্রেম অসি থমোই শেংলবা মীদম্ভু পীবি, থমোই শেংদবা মীদম্ভু পীথোকই। য়াম্না থৌম্নাল হৈবা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোনা প্রেমদান তৌবগী থবক অসিদা করিগুম্বা বিচার অমতা তৌখিদরে। "দীয়তাং ভুজ্যতাং" নত্তনা মহাত্মা করিগ্র থওনা লৈখিদরে। অঙ্গনা খুজাক খুজোক থম্না নাইকৈ নরিদা প্রেম শন্দোকখরে, মী পুম্নমক্না খুন্দুনা চারে, মাহুু উরগা নুংঙৈনা নগাক্ল নাংবা থুংজরে, থরাই মুংঙাইরে।

লাইরবশি —সাধন ভজন য়াওদবশিং, প্রেম লৈতবা।

২৯। মালী—শ্রীচৈতন্য। উগী লোইনবা মরূপ—শ্রীনিত্যানন্দসমহিথা ভক্তবৃন্দ।

অলৌকিক বৃক্ষ করে সর্ব্বেন্দ্রিয় কর্ম্ম।
স্থাবর হইয়া ধরে জঙ্গমের ধর্ম্ম ॥ ৩০
এ বৃক্ষের অঙ্গ হয় সব সচেতন।
বাঢ়িয়া ব্যাপিল সভে সকল ভুবন ॥ ৩১
একলা মালাকার আমি কাহাঁ কাহাঁ যাব ?।
একলে বা কত ফল পাড়িয়া বিলাব ? ॥ ৩২
একলা উঠাঞা দিতে হয় পরিশ্রম।
কেহো পায়, কেহো না পায় রহে মনে ভ্রম ॥ ৩৩

অর্থ ঃ—

উ-মা অঙকপা থৌবম ইন্দ্রিগী থবক তৌই।
চৎপাদি ভমত্রগা চৎপ ভবগী ধর্ম্ম তৌই ॥ ৩০
উ অসিগী মশাদি জ্ঞান লৈবব। থনখরে।
চাউখৎলক্লুনা স গাব পুম্বা শীননা থুংখরে ॥ ৩১
মালী ইতোমশনা কদোম-নদোমনা চংকদগে ?।
ইতোমনা উহ কয় লৌক্লনা যেনগদগে ?। ৩১
ঐ ইথক্তনা যেনবদা যাম্না রাগদৌবি।
কন না ফংব কনানা ফংদনা বাউগদৌরি। ৩৩

গৌব-রূপা টীকা

৩০—৩১। মথক্কী পযারদা উনা মসা মাবংদা বৌদুন রা হাঙ্গবিবা আসনদি-রা ভাংলিবা অছু তারগা থবক তৌবা ভুম্বগী শক্তি ল কোবে হাঙ্গনা খঙ-নে ; সাধারন উ ভুইরবদি থবক তৌবা ভয়েই, ভক্তি কল্পবৃক্ষদি ভুকপা শাক্তি হাঙ্গনা অছু পয়ার অনি অসিদা উংলে। ইন্দ্রিগী থবক—মিৎ, নাকেং, নাকোন লৈবেং উনশ অসিন চংবা ইন্দ্রি-পুম্নবী থবক।

৩২। শ্রীমন মহাপ্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দনচিংবু কৌহুনা হু ঊরকপা রাহৈশিং অছু পয়ার ৩১—৪১ দা লোয়েদোক্লি।

এতএব আমি আজ্ঞা দিল সভাকারে।
যাহাঁ তাহাঁ প্রেমফল দেহ যারে তারে॥ ৩৪॥
একলা মালাকার আমি কত ফল খাব?।
না দিয়া বা এই ফল আর কি করিব?॥ ৩৫
আত্ম-ইচ্ছামতে বৃক্ষ সিঁচি নিরন্তর।
তাহাতে অসংখ্য ফল বৃক্ষের উপর॥ ৩৬
এতএব সভে ফল দেহ যারে তারে।
খাইয়া হউক লোক অজর-অমরে॥ ৩৭

অর্থ :—

মরম অদুনা ঐনা যাথং পীরি নখোঈদা।
'প্রেমফল' অসি পীবিয়ু থেংন-থেংনবা মীদা॥ ৩৪
মালী ইত্তোমংনা কয়া য়াম্না চাগনি?।
প্রেমফম' সি পীথোক্রবদি করি তৌনগনি?॥ ৩৫
ঐনা নীংবা থুংনা ঈশিং চাইবা মনম্না।
উথক্তা উহৈ মুম্লে মশিং থীবা ডমদনা॥ ৩৬
মরম অদুনা পুম্নমক্তা প্রেমফল পীথোকউ।
মী চাজরগা শিদনবা য়েম্ভোকউ॥ ৩৭

গৌর কৃপা-টীকা

৩৭। থেংন-থেংনবা মী পুদিংদা প্রেম পীবিনবগীদমক পুম্নমক্তা যাথং পীরি, হাঈরিবা য়াহৈ অসিনা তাক্লিবদি বিচার ইথি-থিদনা নীংলক-নীলকপদা মী পুম্নমক্তা প্রেম পীবিনবগী শক্তি অদু, মহপ্রভুনা মহাকী মনাই তু ইল্লিবা ভক্তশিংদা পিম্লে হাঈবা খঙনগনি।

৩৭। শিদনব হংদুনা লৈননবা। জীবনী হৈফম মশক অদুদি শিদে (অমরনি)। জীব অদুনা মায়াগী খ্রাংতা তারবা মতম অদুডদা পোকপা শিবা নাই শ্রীমন মহাপ্রভুনা অমস্তুং লোঈনব ভক্তশিংগী থপানা জীব অদুনা প্রেম ফ জরবা, মতম অদুদগি, মায়ানা পুম্মুনা লৈরম্বা অদু কোকথ্রগনি, মতম অদুদা জীব অদুনা মশাগী মহোৎসাগী ফিবমদা লৈবা ফংলদুন শিদবা (অমর) হাঈবা অদু ওইরগনি। মতৌ অদুম তৌনা, জীব-না মহৌশাগী মশাগী মশক মওং অদুদা লেপ্লুনা লৈবা ওমহম্ম হাঈনা প্রভুনা লোঈনবা-শিংদা য়াথং পী অমম্ভুং পীবিরিবা য়াথং-অদুগী মতুঙইনা মরক [illegible] শক্তিশু পীদি।

জগৎ ভরিয়া মোর হবে পুণ্য খ্যাতি।
সুখী হৈয়া লোক মোর গাইবেক কীর্ত্তি ॥ ৩
ভারত ভূমিতে হৈল মনুষ্যজন্ম যার।
জন্ম সার্থক করি কর পর উপকার ॥ ৩৯

অর্থ : –

জগৎ শীনবা থুংনা ঐগী পুণ্য কাওরগনি।
মীনা নুংঙাইনা ঐগী মিংচৎ শরুবগনি। ৩৮
ভারত-লৈবাক্তা মী ওইনা পোক্লিবা মখোয়গী
পোকপগী মহৈ য়ালহল্লু ফনবা তৌ জীবগী ॥

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৯। ভারত লেবাক্তা ভারতবর্ষদা। ফনবা তৌ জীবগী—জীবগী নুংঙাইননবা তৌ। অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা হাঙ্গবা অসিন, ম ওহবগী মপোক্পা পোকচবগী মহৈ য়ানবা কৌই—মাসি শ্রীমন মহাপ্রভুনা মফম অসিদা তাকপিরি। তৌ ইশুমস্নুং অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা হাঙ্গবা অসি করিনো? মীওইবনা অরা অনা কোবহনবা, লাইরবা মীবু ফি-প্রোন, চেং, সনা-লুপা পীহনা (দান তৌহনা) নুংঙাইহনবা (মতুংগী শ্লোক অনিগী টীকাদা য়েংবিয়ু); তৌইশুমস্নুং র-অনা থোরক্লিবা অসিগী মথাদি মায়ানা পুনবদগীনি, মায়ানা পুনবা অসি কোকহনবা ঙম্লবদি জীবগী অরা-অনা, অরাংপা লৈরিবা পূম্মক মরু ফংনা কোকপা ঙম্মী। মাযানা পুনবা অসি পোকহল্লুনা, অরা-অনাবু মরু ফংনা মুক্তোক্লপা প্রেম দান তৌবা ওইরবদি জীব ন থাঙ্গৈশেংবা–অবেপ্পা-ওমথৈ-লৈতনা-নুংঙাইবা ফংবা ঙম্মী; অহনা প্রেম পীবিবা হাঙ্গবা অসিনা অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা হাঙ্গবহুগী মমুংদা থাইদগী হেন্না রাংবা থাক্লি—মাসি মফম অসিগী অর্থদা ফংবা রানি। "ভারত-লৈবাক্তা" হাঙ্গরুবগী লেএজনফম ওইরিবগী মরমদি, পৃথিবা অসিদা ইহান-হাংবদা ভারত বর্ষ অসিদা বেদ-পুরাণচিংবা য়াম্না রাংথ্রবা শাস্ত্র ফোংদোক্লা চৎনরম্মী—মাহুনা, মংতৌ করম তৌরগা সংসারগী মায়ানা পুনবদগী কোকদগে হাঙ্গবা অতুগী মরম শন্দোক্লা ইপ্পনা লৈ, মক্তৌ করম তৌরগা জীবনা রসকী মশক ওইবা অথোইবা তত্ত্ব অতু, থিবদা ফংবা ঙমগে হাঙ্গবা অতু ইনা লৈ মমস্নুং শ্রীকৃষ্ণগা ঐহাক্তা তুং,—থানবা লৈতনা

তথাহি (ভা, ১০।২২।৩৫)—

এতাবজ্জন্মসাফল্যং দেহিনামিহ দেহিষু ।
প্রাণৈরর্থৈর্ধিয়াবাচা শ্রেয় আচরণং সদা ॥ ৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

মশী লৈনম্লিবা অহুম্ন ফজনা নীংশিংবা ঙক্নবা পাঙতাক ইরি অমস্তুং মতৌ করম তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংলগা ওমথে লৈতনা মুংঙাইবা ঙম্গে হাঙ্গৈনা অহুম্ন—মাহুক্দা শন্দোক্লা ইহুনা লৈ। ভারতকী ঋষিশিংনা জগৎকী মঙ্গলবগীদমক বেদ পুরাণ পুম্নমক অসি জগত্তা শন্দোক্লম্মী। অসিগুম্বা য়াম্না থোংশ্রবা, জীববু য়াম্না বাংনবা তৌবিবা ঋষিশিংগী থুয়াগী উফুলনা শেংদোক্লম্মবা, ভারত-লৈবাক অসিদা পোকচবা ফংলিবা মথোঙ্গী অহুনা, ঋষিশিংনা চংলম্বা লম্বেল অহুগী মতুং ইন্নহুনা মথোঙ্গী চাণ নীংশিংজহুনা জীবগী য়াইফনবগী-দমক হোৎনবা অহুতনা মথোঙ্গনা ভারতবর্ষদা পোক বনা মহৈ যানবা ফংবা ঙম্মী। অতম্না "মীওইবনা পোক্লিবা" হাঙ্গকবিবগী মতমদি, মীওইবগী বিচার-বুদ্ধি লৈ, অতোপ্পা জীবগীদি লৈতে; অহুম ওইবা বিচার-বুদ্ধি অহু শিজিন্নহুনা মশা মহাক্কী অমস্তুং অতোপ্পা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক হোৎনবা অহুনা অহু ওইবা বিচার বুদ্ধি (বুদ্ধি-লৌশিং) চংথোনবা মীওইবগী মপোক অহুন কান্নবনি (মহৈ যানবনি), অহু নত্রবদি মীওইবগী মপোক্কা শাগী মপোক্কা করিস্তু খেন্নবা লৈতে। ভারতবর্ষদা মীওইনা পোকচনা ফংলিবা মথোঙ্গী অসি, অতোপ্পা লৈবাক্তা পোকপা মীগী মথাঙ্গনা হিবম অশোনদা (ঈশ্বরগী মাইকৈদা) দাযি পুবা, ভাব তানা, পুন্নি চংবা হেল্লা, মতম অহুনা, অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্তদি ইহান-হানবদা বেদ-পুরাণচিংনবু অমস্তুং জাবনা কান্নবা তৌবিবা ঋষিশিংগী পাপ কোকপিবা ঙম্বা থুযাগী উফুল অহুবু থনাক্তা হাপচবা ফংদে, মিৎনা উবা ফাওবা ফংবা ঙমদে; ঋষিশিংগী থুয়াগী উফুল ফংবা ওনগী লাইবক ফবা অহু ভারত্তা পোকপা মীশিংগীদা মফংই। মরম অহুনা ভারতবাসীন জীবগী কন্নবা হোৎনবা ঙম্বা অহুনা, ভারতবর্ষদা মীওইনা পোকচবা ফংবগী কান্নবনি, মহৈ যানবনি। (মতুংগী শোক অনিগী টীকাদা যেংবিয়ু)

শ্লো। ৩। অন্বয়। প্রাণৈঃ (থবাইনা) অর্থৈঃ (শেন্না) ধিয়া (বুদ্ধিনা-লৌশিংনা) বাচা (বাহৈনা)—দেহিষু (জীবগী মরমদা) সদা (মতম লৈবা থিবিক্তা) শ্রেয়ঃ (অফোইফবনি) আচরণম (লমচংনি) এতাবৎ (মাসিনা) ইহ (পৃথিবীদা) দেহিনাং (জীব-পুম্নমকী) জন্মসাফল্যং (য়াইফবনি)।

## গৌর-কৃপা-টীকা

অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবাসীশিংদা হায়রকই-"থরাইনা, শেল্লা, বুদ্ধিনা অমস্তুং য়াহৈন জীবগী য়াইফনবগীদমক তৌবা অদু- মাতুনা পৃথিবী অসিদা মীওইনা পোকপা মপোক্কী মতৈ য়ানবনি ( য়াইফবনি )।" ৩।

প্রাণৈঃ—থরাইনা হায়বদি মীগী কান্নবনি হায়দুনা তৌগদৌরিবা থবক পূম্নমক অদু তৌবদা থরাই মাডবা বাই হায়না চিংনববা ফা বদসু মীগী কান্নবা তৌগদবনি। অজাইফদবা থবক ওইরবদি থরাই থাদবা কাওবা মীগী কান্নবা তৌগদবনি। অর্থৈঃ শেল্লা, লুপানা ইশাগী শেন-থুম পুথোক্লুনা মীগী কান্নবা তৌগদবনি। ধিয়া—বুদ্ধিনা। মতৌ করম তৌরগা মীনা কান্নবা তৌবা ওমগদগে হায়বা অদু য়াখন তৌদুনা বুদ্ধি শিজিন্নগনি। থরাই, শেল, বুদ্ধি অমস্তুং য়াহৈ মরি অসিনা মীগী যাইফনবা তৌগনি, ঐগা ইশানা মতিক চাদনুনা ইথম-থমজ্রাসু য়াহৈনা ওইববু মীনা কান্নবা তৌবা থোকই। মতৌ অদুম তৌদনদি জব ওইনা পেকপা মতৈ যানবা অমী।

উ পূম্নমক, মনা, মপান, মতৈ পাম্বীগী মকম ( উনম ), মক, মকু, উদা মরাও, উংনচিংবনসু থরাই পানবগা কান্নবা তৌই; মাসি উনা, শ্রীকৃষ্ণনা ওহক, মমল্লবা ব্রজগী অভাংশিংদা হায়রিবা পোক্কী য়া পূম্নমক অসি- জীব পূম্নবপু কা নব তৌননবগী দমক হায়রিবনি। উ পূম্নমক্কী মপানা লাংজু-লুংশা থুংলবসু থরাইপানবাশিংদা উকম দানতৌই; মশানা চাজব্রবসু মশাগী উহৈ অদুনা অতোপ্পনী শবাম-পোল্লাংবা কোবহল্লী; মশা হকচাং ওইরিবা উ অদুনসু মী ওইবনি শা, ওইদুনা চাক-থোংনা মৈ তিকপদা শিজিন্নহল্লী। থুদম অসিগী মতু ইন্দুনা মী পূম্নমক্কা মতোপ্পা পূম্নক্কী অরাপা কোক্লনবগীদমক মখোয়গী অরা-অনা অদু কেক্লনবগীদমক লাম্নবা মীবু চলা পীজবা, কি লৌনবা কি পীবিবা, অনাবা নীবু তিদাক পীজনা সিনচিংবা অসি তৌননবগী দমক পূম্নক্কা মথমগ হোৎনগনি। হায়রিবা অসি তৌবা মীপা মা অদুদি পেকপগা মতৈ যানবনি, মদুবাখক অদুনা মখোয়গী মপোক অদু অবেম্বনি কান্নব্রবনি। পোন অসি শ্রীকৃষ্ণগী পাওতাক্লি।

বিষ্ণু পুরানে (৩।১২।৪৫)
প্রাণিনামুপকারায় যদেবেহ পরত্র চ।
কর্ম্মণা মনসাবাচা তদেব মতিমান ভজেৎ ॥ ৪

---

## গৌর-কৃপা টীকা

শ্লো। ৪। অন্বয়। ইহ ( হন্দকী মপোক্তা ) পরত্র চ ( অমসুং হয়েংমুকী মপোক্তা ) প্রাণিনাং ( থরাই পানবশিংগী ) উপকারায ( কান্নবগীদমক ) যত্ ( মাহ্ ) [ ভবেৎ ] ( ওইবা ), মতিমান ( অশিংবা মী ) কর্ম্মণা ( থবক্তা ) মনসা ( পুক্কিংনা ) বাচা ( ৱাহৈনা ) তদেব ( মাহুত্তবু ) ভজেৎ ( তৌগদবা ওই )।

অনুবাদ। হন্দকী মপোক্তা অমসুং হয়েংমুকী মপোক্তা থরাই পানবশিংগী কান্নবদমক ওইবা থৌরম অহ্, অশিংবা মীশিংনা থবক্তা, পুক্কিংনা অমসুং ৱাহৈনা মাহুমক তৌগনি। ৪।

ইহ সংসার অসিদা লৈরিঙৈগী মতমদা। পরত্র চ—শিরবগী মতুংদা। “ইহ পবত্র চ” ৱাহৈ অসিনা তশেংনা হাঙ্গৈরিবদি, থরাই পানবশিংগী হন্দকী মপোক অসিদা কান্নবা য়াবা থবক অহ্ তৌগনি অমসু হয়েংমুকী মপোক্তা কান্নবা যাবা থবক অহুস্থ তৌগনি। ফি লৈতবদা ফি পীবা, চাক লৈতবদা চাক পীবা হাঙ্গৈবা অসি জীবগী হন্দকী মপোকী কান্নবনি। শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক্তা, উগী মনা-লৈশম্হনা উ-শিংনা অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা অহ্, শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু থাগৎলী; উ-নন-লৈনা অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা অহ্ হন্দকী মপোকীদমক তৌবনি; শ্রীকৃষ্ণনা মাহুবুসু থাগৎলী, বিষ্ণুপুরাণগী শ্লোক্তা “ইহ” ইরম্বা অহুনা মাহু তশেংনা ফোংদোক্রে। অহুগা নাম কীর্ত্তনচিংবা, ঈশ্বরগী মুরমদা থম্বা ৱারী শাবা অমসুং ঈশ্বর নীংননবগী মরমদা পাওতাক পীবনচিংবা অসিনা হয়েংমুকী মপোক্তা সংসারদগী মুক্তি ওইবা ঙম্মী। মাসিসু থাগৎনৈ অমসুং তৌগদবনি। হন্দকী মপোকী কান্নবা তৌবদগী হয়েংমুকী মপোকী কান্নবা ওৌবনা মমন য়াম্নবসু হন্দকী মপোকী কান্নবা তৌবা অহ্ হন্দোকপা য়াদে, অনিমক তৌগদবনি।

মরম খুদিংমক্তা অতোপ্পগী কান্নবা তৌবা হাঙ্গৈবা অসি জীবনা তৌকম থোকপনি, মাসি শ্লোক অসিদসু হাঙ্গৈরি, মথকী পয়ার ৩৯গী প্রমাণ ওইনা শ্লোক অনি অসি থোক্লি।

মালী মনুষ্য আমার নাহি রাজ্য-ধন।
ফল-ফুল দিয়া করি পুণ্য উপার্জ্জন॥ ৪০
মালী হৈয়া বৃক্ষ হইলাম এই ত ইচ্ছাতে।
সর্ব্বপ্রাণীর উপকার হয় বৃক্ষ হৈতে॥ ৪১

অর্থ :—

মীওইবা মালী-গী লৈবাক-শেল লৈতবনা।
পুণ্য তানশিনজগে উহৈ-মাহৈ পীত্বনা॥ ৪০
পামজনদগী উ-ওইরে মালী ওইরম্বনা।
থৱাইপানবা পূম্নমক্কী কান্নবা ওই উ-না॥ ৪১

তথাহি ( ভা, ১০। ২২। ৩৩ )—
অহো এষাং বরং জন্ম সর্ব্বপ্রাণ্যুপজীবিনাম।
সুজনস্যেব যেষাং বৈ বিমুখা যান্তি নার্থিনঃ॥ ৫

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৪০—৪১। পয়ার অনি অসিবু মহাপ্রভুনা হ ঈবনি। থৱাই পানবা পূম্নমক্কা উদগী কান্নবা ফংই হাঙ্ঈহনা মালী ওইবা ইবুংঙো মহাক্কা উওই:র। রা-মচংদি করিনো হাঙ্ঈদা,—মীওইবশিংদা প্রেম পীরগা থবক হেক মপুংফাবা নত্তে; থৱাই পানবা পূম্নমক্কুম্—শা, উচেক, তীল, কৌজেংনচিংবা পূম্নমক্কুম্-প্রেম পীবিগদবনি - মাসিনা ইবুংঙো মহাক্কী লোঙ্ঈনবশিংদা প্রভুনা মাথং পীবনি।

উ-না থৱাই পানবা পূম্নমক্কী কান্নবা তৌই, মাহুগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ ভাগবতকী শ্লোক অমতং হাপচরি।

শ্লো। ৫। অন্বয়। অহো ( অহো )! সর্ব্বপ্রাণ্যুপজীবিনাং ( থৱাই পানবা পূম্নমক্কা হিংনবগী মশক ওইবা ) এষাং ( পূম্নমক অসি [ বৃক্ষাণাং ] ( উ-পূম্নমক্কী ) জন্ম ( পোক ) বরং ( অথোইবনি ) সুজনস্য ( থৌজাল হৈবা মীগী ) ইব ( মতৌগুম্না ) যেষাং ( মখোইগী মফমদগী ) অর্থিনঃ ( নিজরিবা মী-শিংনা—হাঙ্ঈজরিবশিংনা ) বিমুখাঃ ( মাঙ্ঈ ওহোত্তুনা ) ন যান্তি ( চত্তে )।

এই আজ্ঞা কৈল যবে চৈতন্য মালাকার।
পরম আনন্দ পাইল বৃক্ষ পরিবার॥ ৪২
যেই যাহাঁ তাহাঁ দান করে প্রেমফল।
ফলাস্বাদে মত্ত লোক হইল সকল॥ ৪৩
মহা মাদক প্রেমফল পেট ভরি খায়।
মাতিল সকল লোক হাসে নাচে গায়॥ ৪৪
কেহ গড়াগড়ি যায় কেহ ত হুঙ্কার।
দেখি আনন্দিত হঞা হাসে মালাকার॥ ৪৫

অর্থ :—

রাহৈ অসি হাঙ্গৈরকপদা চৈতন্য মালীনা।
য়াম্না মুংঙাইজরে উগী লোঙ্গনবশিংনা॥ ৪২
পামজবা মতুং ইম্না প্রেমফল পীবিরে।
প্রেমফল অচু চাবদা মী পুম্নমক ঙাওনরে॥ ৪৩
মযাই কনখ্রবা প্রেমফল অসি পুকথম্না চারে।
মী পুম্নমক ঙাওরে ইশৈ শক্রে জগোই শারে॥ ৪৪
কনানা থরো-থরো ওল্লী কনানা লাউই।
মালীনা মাহু উবদা মুংঙাইহনা নোকই॥ ৪৫

---

গৌর-কৃপা-টীকা

অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী অঙাংশিংদা হাঙ্গৈরম্মী—"শ্লোকপনি। থরাইপানবা পুম্নমক্কী হিংনবগী মশক ওইবা উপুম্নক্কী মপোক অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি; থোজাল হেনবা মীগী মফমদগা ভিক্ষা নিজরিবা মীশিংনা মমাই ওম্নোক্তুনা হন্দে (ইকাইবা ফংদে) অচুম্বমচুনা মখোঙ্গী মফমদগীসু নিজবিরশিংনা মমাঙ্গ ওম্নোক্তুনা চৎতে। ৫॥"

মী, শা, উচেক, তাল, কোজেংনচি ব, থরাই পানবা পুম্নমক্কা উগী মফমদগী কাম্নবা ফংই উ-গী উহৈ, মপাল, না, মক্কনচিংবা অসি থরাই পানবা অয়াম্বগা চিঞ্জাক্কি, থরাই পানবা পুম্নমক্কা উ-গী উকমদা ভরাবা পোৎথাই, অমুম হাঙ্গৈনা উপুম্নক্কা থরাই পান গী কম্নবা ভৌই। মরম অসিনা হাঙ্গৈরিবনি—উ-গী মপোক্কা অতৈগী মপোক পুম্নমক্কগী অথোইবনি অতোপ্পা করিগুম্বা থরাই পানবনা উগী মতৌগুম্বা থরাই পানবা পুম্নমকী কাম্নবা তৌবা ঙমদে।

৪২। রাহৈ অসি—পয়ার ৩২-৪১ দা হাঙ্গৈরিবা রাহৈ অসি। বিচার তৌরুবা লৈতনা পুম্নমকপু প্রেম পীবিযু হাঙ্গৈবগী য়াথং অসি। উ-গী লোঙ্গনবশিংনা—মসা-মরেংশিংনা, শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা।

৪৩-৪৫। শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী য়াথ না পুম্নমক্কা থেংনা-থেংনরুবা মীদি বিচার খিরুবা লৈতনা প্রেম পীবিরে, মখেঙ্গী বৃপানা মী পুম্নমক কৃষ্ণপ্রেম ফংলে, মখোঙ্গী মশাদা

এই মলাকার খায় এই প্রেমফল।
নিরবধি মত্ত রহে বিবশ বিহ্বল॥ ৪৬
সর্ব্বলোক মত্ত কৈল আপন সমান।
প্রেমে মত্ত লোক বিনা নাহি দেখি আন॥ ৪৭॥
যে যে পূর্ব্বে নিন্দা কৈল বলি 'মাতোয়াল'।
সেহো ফল খায়, নাচে বোলে 'ভাল ভাল'॥ ৪৮॥

অর্থ :—

মালী অসিনা প্রেমফল অসি চাবদা।
ঙমখৈ লৈতনা ঙাওই পংথরকই রাখন্দা॥ ৪৬
মী পুম্নমক ঙাওখরে মহাক্না মান্ননা।
অতৈ অমা উখিদরে প্রেমদা ঙাওবা নত্তবা॥ ৪৭
ঙাওশিন্নবেদা হাঙৈহনা, তৌরম্বহু নিন্দা।
জগোই শারক্লে মহাক্সু প্রেমফল চাবদা॥ ৪৮

## গৌর-কৃপা টীকা

প্রেমগী থুদম (বিকার) ফাওবা উবে; প্রেম্না ময়াই কাবক্নুনা মখোঈনা করিগুম্বদা নোকই, করিগুম্বদসু জগোই শাই, করিগুম্বদসু হৈশে শকই—করিগুম্বদসু লৈবক্কা থরো-থরো ওনী, অদুগা করিগুম্বদসু খঙহৌদনা লাউথোরকই। মাসি উরুবগা প্রেমগী মূর্ত্তি শ্রীমন মহাপ্রভুনা হুংঙাংজনগা ঙমখৈ লৈখিদরে।

৪৬। ইবুংঙো মহাক্না সংসারদা লেরিবা পুম্নমকপু প্রেম্না ঙাওহল্লে, অহুম ওইবা প্রেম অহুনা প্রভু মশাম্সু ময়াই কাহনা ঙাওরে।

৪৭। প্রেমদা ঙাওবানচিংবা- য়েংথোক-য়ংথোক্লুবা মাইকৈ থুদিংদা মী পুম্নমক প্রেম্না ঙাওরে। কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওদবা মীবু, অমা ফাওবা লৈখিদরে।

৪৮। কনাগুম্বা মী থরনা অহানবদা মহাপ্রভুবু ঙাওশিন্নরিবনি হাঙৈহনা নিন্দা তৌরম্মী (নোক্নরম্মী), হৌজিক্তি মখোঈসু কৃষ্ণপ্রেম ফংলহনা প্রেম অহুগী ময়াইনা অঙাওবগী মতৌগুম্না জগোই শাবা হৌবক্লে। অহানবদা লৈরম্বা মরাল অদু প্রভুনা কোকহল্লগা নোক্নরিবা নিন্দা তৌবিবাশিং অহুদসু প্রেম পীবিরে; য়াম্না থৌজাল হৈরবা অবতারনা কনাবুসু মীরাইনা তৌরমদে। য়াম্না নুংশাবরম্মী।

এই ত কহিল প্রেমফল বিবরণ।
এবে শুন ফলদাতা যে যে শাখাগণ॥ ৪৯
শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ৫০

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে ভক্তি কল্পবৃক্ষবর্ণনং নাম নবম-পরিচ্ছেদ :॥ ৯

অর্থ :—

মতৌ অসুম্না শীংথাজরে প্রেমফলগী মরম।
তাবিয়ো, মহৈ পীরিবা মসাশিংগী মরম॥ ৪৯
শ্রীরূপ-রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজৈ কৃষ্ণদাসনা॥ ৫০

চৈতন্যচরিতামৃতগী আদি খণ্ডদা ভক্তিকল্পবৃক্ষগী মরম শীংথাবা মাপনশুবা মতাং লোইজরে॥ ৯॥

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত । আদি-লীলা

## তরাশুবা-মতাং

শ্রীচৈতন্য পদাম্ভোজ মধুপেভ্যো নমোনমঃ ।
কথঞ্চিদাশ্রয়াদেষাং শ্বাপিতদগন্ধ ভাগভবেৎ ॥ ১
জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌর ভক্তবৃন্দ ॥ ১

অর্থ :—

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো । ১ । অন্বয় শ্রীচৈতন্যপদাম্ভোজ-মধুপেভ্যঃ ( শ্রীচৈতন্যগী চরণ থম্বানগী খোইম্মু-শিংবু ) নমোনমঃ ( হন্না-হন্না খুরুমজরি )—যেষাং ( মখোইগী ) কথঞ্চিৎ ( করিগুম্বা অমা তৌহুনা ) আশ্রয়াৎ ( চংজবদগী ) শ্বাপি ( হুইস্নু ) তদগন্ধভাক ( মনম অহু চুশিন্নী ) ভবেৎ ( ওই ) ।

অনুবাদ । মখোইনা ( কনা-কনাগুম্বনা ) করিগুম্বা অমা তৌহুনা চংজবদগী হুইস্নু শ্রীচৈতন্যচরণ-থম্বালগী মনম চুশিন্নী, অহুম ওইবা শ্রীচৈতন্যচরণ থম্বালগী খোইম্মুশিংবু হন্না-হন্না খুরুমজরি । ১ ।

শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী চরণবু থম্বানগা চাং তন্নরি ; মাসিনা থগুনবিনদি শ্রীচরণ অসি য়াম্না ফজবা, মনম মুংশিবা শেংগা ফেংদোকই । অহুম ওইবা নিংথিজপ্রবা শ্রীচরণ অহুগা খোইম্মী চুপলিবা মখোই হাঙৈবদি শ্রীচরণ সেবাগী সুংঙাইবা ফংলবা, অহুম ওইবা ভক্তশিং ( ভাবকশিং ) অহুবু হন্না-হন্না খুরুমজরি । করিগুম্বা অমা তৌহুনা ভক্তশিং অসিগী চরণদা চংজনবদি—অতৈগী য়াদি থমখিসি শ্বাপি—হুইস্নু—তদগন্ধভাক—মনম অহু চুশিন্নী হাঙৈবদি শ্রীচৈতন্যগী চরণ সেবা তৌজবা ফংই ।

এই মালীর এই বৃক্ষের অকথ্য কথন।
এবে শুন মুখ্য শাখার নাম বিবরণ॥ ২
চৈতন্য গোশাঞির যত পরিষদচয়।
গুরুলঘু ভাব তার না ইয় নিশ্চয়॥ ৩
যত যত মহান্ত কৈল তাঁ সভার গণন।
কেহ না করিতে পারে জ্যেষ্ঠ লঘু ক্রম॥ ৪
অতএব তাঁ সভারে করি নমস্কার।
নাম মাত্র করি, দোষ না লবে আমার॥ ৫

অর্থ :—

মগুণ শীংথাবা ওয়োই মালী অমসুং উগী।
হৌজিক তাবিরো মন্ন ওইবা মমিং উসাগী॥ ২
চৈতন্যগী লোঈনম্নিবা সভাগী মনুংদা।
অরেপ্পা থগুদে অচৌ-পিশকী মম্নমদা॥ ৩
মহান্ত সভা অতুগী মমিং থাজরি।
কনানসু অহল-অগাং খন্দোকপা ওমদরি॥ ৪
মরম'সিনা খুরুমজারি ভক্ত পুম্নমক্ত।
ঐগী দোষ লৌবিগনু ইজবনি মমিংত।॥ ৫

---

গৌর-কৃপা-টাকা

মতাং অসিদা বক্সবৃক্ষগা মন্ন মঙ ওইবা মসাগা মথম পীজরি।

২। শীংথাবা ওয়োই রাইনা ফোংদোকপা ওয়োই। মন্ন ওইবা উসাগী—শ্রীমন মহাপ্রভুগী মন্ন মন্ন ওইবা লোঈনবা ভক্তশিংগী।

৩ ৫। অহল-অগা অসিনচিংবা—শ্রীমন মহাপ্রভুগী লোঈনবা ভক্তশিংগী মনুংদা কনানা অচৌব। কনানা অপিকপা হায়দু অরেপ্পা হাঈব ওমদে; মরম অসিনা গুরু শিষ্যগী মথং-মনাও থিরবা লাভনা মাথাঈগী মমিংতমক ইম্নরগে, হায়া ইবনা অচৌবা অতুগা কোম্না ইবনা অপিকপা নত্তে। মিং ইবদা অকোন-গ্রহান নাইরুবত্তনি।

তথাহি —

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রেমামরতরো : প্রিয়ান।
শাখারূপান ভক্তগণান কৃষ্ণপ্রেম ফল প্রদান॥ ২
শ্রীবাস পণ্ডিত আর শ্রীরাম পণ্ডিত।
দুই ভাই দুই শাখা জগত বিদিত॥ ৬
শ্রীপতি শ্রীনিধি তাঁর দুই সহোদর।
চারি ভাইর দাসদাসী গৃহপরিকর॥ ৭
দুই শাখার উপশাখায় তাঁ সভার গণন।
যাঁর গৃহে মহাপ্রভুর সদা সঙ্কীর্ত্তন॥ ৮

অর্থ :—

শ্রীবাস পণ্ডিত শ্রীরামপণ্ডিত অনি অসিনা।
উমী উসা অনি ওইনা শাংথানৈ জগৎনা॥ ৬
শ্রীপতি শ্রীনিধি মচিন-মনাও অনি'সিগা।
মচিন-মনাও মরিগী য়ুমগী মনাই ময়ামগা॥ ৭
উসা অনিদুগী মসা-মরেং ভাক্তা ওই।
মখোইগী য়ুমদা প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তণ তৌই॥ ৮

---

গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো ।২। অন্বয়। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রেমামরতরো: (প্রেমকল্পতরু ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী—প্রেম পাম্বীগী) শাখারূপান-(উসা ওইবা। কৃষ্ণ-প্রেমফলপ্রদান (কৃষ্ণপ্রেম পীবিবা) প্রিয়ান (নুংশিরবা) ভক্তগণান (ভক্তশিংবু) বন্দে (ঐনা খুরুমজরি)।

অনুবাদ। প্রেমকল্পবৃক্ষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মচাগী মশক ওইবা নুংশিরবা ভক্ত-শিংবু ঐনা খুরুমজরি। ২

৬-৮। শ্রীবাস পণ্ডিত অমসুং শ্রীরাম পণ্ডিত মচিন-মনাও মখোই অনি অসি শ্রীচৈতন্যগী মসানি—শ্রীমন মহাপ্রভু। মরূওইবা লেইনবা অনির্নি। অনি অসিগী লোক'য়ম্বা শ্রীপতি অমসুং শ্রীনিধি অদুগা মখোইগী মনাংশিং অদুনা মথক্কী উসা অনিগী মসা-মরেংনি। মখোই অসি শ্রীবাস পণ্ডিত অমসুং শ্রীরাম পণ্ডিতকী মতুং ইনবনি। মখোই অসি অহানবদা হাল্লিসহর'। মনাক্তা কুমারহট্টা লৈরম্বনি; শ্রীঅদ্বৈতগী য়াথংদগী মখোই

চারি ভাই সবংশে করে চৈতন্যের সেবা।
গৌরচন্দ্র বিনা নাহি জানে দেবী-দেবা॥ ৯
আচার্য্যরত্ন নাম ধরে এক বড় শাখা।
তাঁর পরিকর তাঁর শাখা-উপশাখা॥ ১০
আচার্য্যরত্নের নাম,শ্রীচন্দ্রশেখর।
যাঁর ঘরে দেবীভাবে নাচিলা ঈশ্বর॥ ১১
পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি বড় শাখা জানি।
যাঁর নাম লৈয়া প্রভু কান্দিলা আপনি॥ ১২

অর্থ :—

চৈতন্য সেবা তৌই মচিন-মনাও মরিনা।
অতে দেবী-দেবা খঙদে গৌরাঙ্গ নত্তনা॥ ৯
আচার্য্যরত্নুনা অচৌবা উসা অমনি।
মাগী সেবকশিংনা মসা-মরেং ওইবনি॥ ১০
আচার্য্যরত্নগী মমিং চন্দ্রশেখর কৌই।
মাগী যুমদা দেবীভাবতা ঈশ্বরনা জগোই শাই॥ ১১
পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি অচৌবা মসা ওই।
মহাক্কী মমিং শোনবনা প্রভুগী কপফম ওই॥ ১২

## গৌর-কৃপা টীকা

নবদ্বীপতা লৈখি। শ্রীনবদ্বীপতা লৈরবকান্দা মখোঈগী মাঙোন্দা শ্রীমনমহাপ্রভুনা ইতত্তরনা কীর্ত্তন তৌই। পয়ার ৬ ৯ দা শ্রীবাস অমসুং শ্রীরাম পণ্ডিতকী সেবক (মনাই) শীংথাজরে।

১০-১১। আচার্য্যরত্ন—শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য। মহাক্কী যুমদা মতম অমদা শ্রীমন মহাপ্রভুগা মাগী লোঈনবশিংগা কৃষ্ণলীলা শান্নখি। মাহুদা মহাপ্রভুনা অহানবদা রুক্মিণী দেবীগী ফিজং শেংতুনা সভা ময়াইদা (দ্বারকুনা লীলা উংখি অমসুং অহুগী তুংদা অদ্যাশক্তিবেশ শেংতুনা (দেবী ভাবতা) জগোই শাত্ত অমসু, মমাগী ভাব থনুনা পুম্নমকপু খোম্ন ইনখি। পযার অনি অসিদা আচার্য্য রত্নগী মনাই (মসা) শীংথাজরে।

১২-১৪। পয়ার অহুম অসিদা পুণ্ডরীক-বিদ্যানিধিনা মসা ওইবা হায়জরী শ্রীপাদ পুণ্ডরীক-বিদ্যানিধিগী পোকফমদি চট্টগ্রামদনি, বিদ্যানিধি হায়বসি মহাক্কী ফমনি

বড়শাখা গদাধর পণ্ডিত গোসাঞি।
তেঁহো লক্ষ্মীরূপা তাঁর সম কেহো নাঞি॥ ১৩
তার শিষ্য-উপশিষ্য তার উপশাখা।
এইমত সব শাখার উপশাখার লেখা॥ ১৪
বক্রেশ্বর পণ্ডিত প্রভুর বড় প্রিয় ভৃত্য।
এক ভাবে চব্বিশ প্রহর যাঁর নৃত্য। ১৫
আপনে মহাপ্রভু গায় যাঁর নৃত্যকালে।
প্রভুর চরণ ধরি বক্রেশ্বর বোলে॥ ১৬

অর্থ :—

গদাধর পণ্ডিত গোসাঞি অচৌবা মসা অমনি।
মাগা মান্নবা লৈতে মহাক লক্ষ্মীগী মশক্তি॥ ১৩
মাগী মনাই-নাইথাং মাচুগী নাইথাংশিং লৈরি।
মতৌ অসুম্না মসা-সাখাং ময়াম ইজরি। ১৪
বক্রেশ্বর পণ্ডিত প্রভুগী অচানবা মনাই ওই।
পুক্লিং অমতা ওইনা পুং কুম্মবি জগোই শাই॥ ১৫
মানা জগোই শারিঙৈদা প্রভুনা ঈশৈ শকই।
প্রভুগী চরণ পাঈদুনা বক্রেশ্বরনা হাঈরকই॥ ১৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

( উপাধিনি )। নবদ্বীপুস্নু মহাকী য়ুম অমা লৈরম্মী। গঙ্গাগী মক্কমদা মহাক্কা ভক্তি ও স্রদ্ধা মতিক লৈরম্মী, গঙ্গাদা খোংনা শোকপদি তৌহৈদে হাঈদুনা কিখিবনা গঙ্গাদা ইরুজবা কুমদে। গদাধর-পণ্ডিত-গোস্বামী মহাকী মন্ত্র শিষানি। পুণ্ডরীক বিদ্যানিধিগা শিং-ত্রিবৈংগী মমাংদা মহাপ্রভুনা নোংমা মহাকী মমিং কৌরগা পখি। ব্রজলীলাদা মহাক অসি বৃসভানু নিংথৌ ওইরম্মী। (গৌরগণোদ্দেশ) ৫৪। মহাক লক্ষ্মীগী মশক্তি মহাক (গদাধর-পণ্ডিত গোস্বামী) লক্ষ্মীগী পুম্নমকী মকোক শ্রীরাধাগী মশক্তি। পয়ার ১।১।২৩ গী টীকাদা য়েংবিয়ু।

১৫—১৬। পয়ার ১৫—১৮ দা উসা ওইবা বক্রেশ্বর পণ্ডিতকী মরম হঈজরি। দ্বাপর-লীলাদা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা ব্যূহ মরিগী মঠুংদা অনিরুদ্ধ ওইরম্মী। গৌরগণোদ্দেশ। ৭১। মহাক্কা কৃষ্ণগী ফিজেৎ শেংতুনা জগোই শাদুনা প্রভুবু পেলহল্লী। মহাক্কা মতম অমদা পোংথাবা লৈতনা হুমিং হুম্নি চুপ্পা জগোই শারম্মী। মহাক্কা জগোই শারিঙৈগী মতমদা মহাপ্রভুনা ঈশৈ শকই। বক্রেশ্বর-পণ্ডিতনা প্রেমা ভাওদুনা জগোই শাবা অদু প্রভুনা য়াম্না পেনজে। প্রভুমা, হুংভাইবা অদুনা মরম ওইদুনা ঈশৈ শক্লিবনি।

দশ সহস্র গন্ধর্ব্ব মোরে দেহ চন্দ্রমুখ।
তারা গায়, মুঞি নাচোঁ, তবে মোর সুখ ॥ ১৭
প্রভু বোলে- তুমি মোর পক্ষ এক শাখা।
আকাশে উড়িতাম যদি পাঙ আর পাখা ॥ ১৮

অর্থ : -

হে চন্দ্রমুখ! গন্ধর্ব্ব লিশিং তরা পীবিয়ু।
মখোইনা ঈশৈ শরুগা জগোই শাহনবিয়ু।। ১৭
প্রভুনা হাঈ—নংদি ঐগী ইসা নামনি।
ইসা নামা অমগা ফংলবদি পাইগনি।। ১৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৭। গন্ধর্ব্ব—স্বর্গগী ঈশৈ শকপা হৈবা লাই। মখোই অসি ঈশৈ শকপা জগোই শাবদা য়াম্না হৈ-শিংঙী। চন্দ্রমুখ—থ দৌনা ফজবা মাইথোংবু চন্দ্রমুখ হাঈনৈ; প্রভুগী মাইথোং অসি য়াম্না ফজ্জে, য়েংবনা নমা থাইদে হাঈদুনা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা প্রভুদা চন্দ্রমুখ হাঈবনি। লীলাগী ফিভং লেৎতুনা বক্রেশ্বরনা জগোই অমুম শারকপদা মহাপ্রভুগী মাইথোংদা হাঈফম খঙদবা অওংবা য়ংনা ফজনা অমা ফোংদোরকই, মাদু উবদা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা প্রেম পোকখ্রে অমসুং জগোই শাংনসু য়াম্না মখোই কাখৎলক্লে পেনবা লৈরক্লে; মাদুদা মহাক্না মহাপ্রভুদা কৌনগা হাঈখি "প্রভো! নংনা ঐঙোন্দা ঈশৈ হৈবা গন্ধর্ব্ব লিশিং তরা পীবিয়ু. মখোইদা ঐহাক জগোই শাজগে, অদু লেইরবদি ঐ নুংঙাইজগনি।" প্রভুনা নুংঙাইবা হেনগৎলী হাঈদুনা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা জগোই শানীংবনি।

১৮। ঐগী ইসা নামনি নং ঐগী ইনাই (শাখা) অমা ওইববসু ইসা-শাগল নামনি। মসা শাগল অনি শুববদি উচেক মতৌগুম্না আকাশতা পাইবা ঙম্মী। প্রভুনা "হাঈরকই" বক্রেশ্বর। নং অসি ঐগী ইসা নামগুম্বনি, নংগুম্বা ইসা শাগল অমতগা ফংলবদি ঐহাক আকাশতা পাইবা ঙমগনি।" প্রেম যেনবিবা মতমদা বক্রেশ্বর-পণ্ডিতনা প্রভুগী মরম ওইনা থেংবাঙী হাঈবা খঙঈ। "আকাশত পাইবা ঙমগনি" হাঈবা য়াহৈ অসিনা খঙনরিবদি : -"বক্রেশ্বর, নংগুম্বা প্রেমিক ভক্ত অমতংগা ফংলবদি মর্ত্ত্যলোক অসিতা নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা লোকশু ঐনা প্রেম যেনবা ঙমগবনি।" মাসিনা মরোল ভরামরিবা প্রেম যেনবীবীংঙী হাঈবা ফোংদোকই, প্রেমগী মরমদা ভক্ত অতৈবু প্রভুনা নমথনীংবগী য়াহৈ নত্তে।

পণ্ডিত জগদানন্দ প্রভুর প্রাণ রূপ
লোকে খ্যাত যেঁহো—সত্যভামার স্বরূপ ॥ ১৯
প্রীতে করিতে চাহে প্রভুর লালন-পালন।
বৈরাগ্য-লোক ভয়ে প্রভু না মানে কখন ॥ ২০
দুই জনে খটমটী লাগায় কোন্দল।
তাঁর প্রীতের কথা আগে কহিব সকল ॥ ২১

অর্থ :—

পণ্ডিত জগদানন্দ, প্রভুগী থন্নাইনি।
মীনা মাবু খঙনৈ সত্যভামাগী মশক্কি ॥ ১৯
প্রভুবু পেন্নবা মুংঙাংনা থম্নবা তৌই।
লম্বোইববু-মীবু কিবনা প্রভুনা খামই ॥ ২০
মপ্পমনাই অনি খংনৈ প্রেমগী চনমদা।
মাগী প্রেমগী বা অতু হাঙ্গৈবকনি মখাদা ॥ ২১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৯—২০। পয়ার ১৯—২১ দা জগদানন্দগী [illegible] হাংজনি। দ্বাপর লীলাদা পণ্ডিত জগদানন্দনা সত্যভামা [illegible] বম্ম। প্রভুবু পেন্নবগী অমম্বং [illegible] ইনা মনিং মখা তেনা চৈননবগী দমক তোংনা (নীলাচলদ), তৌই [illegible] মাতুদা লম্বোইব ধর্ম্ম (সন্ন্যাস ধর্ম্ম) কাঙ্গৈখিগনি হাঙ্গৈবগী কিবনা অমম্বং মীনা নিন্দা তৌগনি হাঙ্গৈবা কিবনা প্রভুনা মহাক্কী মরাহৈ অতু লৌখিদে।

লম্বোইববু (বৈরাগ্য) মীবু কিবনা—বৈরাগ্য ধর্ম্ম [illegible]গনি হাঙ্গৈবগী কিবনা অমম্বং মীনা নিন্দা তৌখিগনি হাঙ্গৈবগী কিবনা। থাঙ্গশেবগী হাঙ্গৈরিবা [illegible]গী মরমদা প্রভুনা কন্নিস্ন কিবা লৈতে অতুবু কিরবসু মীবু তঙ্গিগে হাঙ্গৈর [illegible] মক—মতৌ করম তৌনা সন্ন্যাস (লম্বোইবা) ধর্ম্মগী মর্যাদা ঙাক্কদগে হাঙ্গৈনতু [illegible] হাঙ্গৈবগীদ [illegible] পণ্ডিত জগদানন্দগী পুক্নিংগী মতু ইন্না সেবা তৌনীংবা অতু যাখিদ।

২১। মখাদা—অরাইবা লীলাগী মতাং তরানিথোইদা জগদানন্দগা প্রভুগা প্রেমগী মরমদা খংনবা অতু ইজরি।

রাঘব পণ্ডিত প্রভুর আদ্য অনুচর।
তাঁর এক শাখা মুখ্য মকরধ্বজ কর॥ ২২
তাঁর ভগ্নী দময়ন্তী প্রভুর প্রিয় দাসী।
প্রভুর ভোগসামগ্রী যে করে বার মাসী॥ ২৩
সে সব সামগ্রী যত ঝালিতে ভরিয়া।
রাঘব লইয়া যান গুপ্ত করিয়া॥ ২৪
বারমাস প্রভু তাহা করেন অঙ্গীকার।
'রাঘবের ঝালি' বলি প্রসিদ্ধ যাহার॥ ২৫
সে সব সামগ্রী আগে করিব বিস্তার।
যাহার শ্রবণে ভক্তের বহে অশ্রুধার॥ ২৬

অর্থ :—

রাঘব পণ্ডিত প্রভুগী অহানবা মনাইনি।
মকরধ্বজকর অসি মহাক্কী মনাইনি॥ ২২
মাগী মচন দময়ন্তী প্রভুগী মনাইনি।
প্রভুগী থা তরানিথোইগী হানবা লাওবীনি॥ ২৩
পোৎ পুম্নক অদু লুবক থম্না হাপ্তুনা।
রাঘবনা পুত্না চৎলি প্রভুদা লোগা॥ ২৪
থা তরানিথোইগী পোত্তা লোশল্লী প্রভুনা।
রাঘবকী লুবাক হাইরগা খংনৈ পুম্নমক্না॥ ২৫
পোৎ পুম্নমক অহুদি মতুংদা হাঙ্গৈরকনি।
মাগী তাবদা ভক্ত পুম্নমক পি তাগনি। ২৬

---

## গৌর-কৃপা টীকা

২২-২৩। পযার ২২ ২৬ তা রাঘব-পণ্ডিতকী মরম হাঙ্গৈজরি। রাঘব-পণ্ডিতকী লৈফমদি পানিহাট কৌবা খুল অমদনি। মহাক দ্বাপর যুগকী লীলাদা ধনিষ্ঠা সখী ওইরম্মী। দময়ন্তী রাঘব পণ্ডিতকী মচন-মুপীনি, মহাক দ্বাপর লীলাদা গুণমালা সখী ওইরম্মী। হায়বা—চাননদা। মকরধ্বজ কর— দ্বাপর লীলাদা চন্দ্রমুখী অগোই শাবী ওইরম্মী।

প্রভুর অত্যন্ত প্রিয় পণ্ডিত গঙ্গাদাস ।
যাঁহার স্মরণে হয় ভববন্ধ নাশ ॥ ২৭
চৈতন্যপার্ষদ শ্রীআচার্য্য পুরন্দর ।
পিতা করি যাঁরে বোলে গৌরাঙ্গ ঈশ্বর ॥ ২৮
দামোদর পণ্ডিত শাখা প্রেমেতে প্রচণ্ড ।
প্রভুর উপরে যেঁহো কৈল বাক্যদণ্ড ॥ ২৯
দণ্ড কথা কহিব আগে বিস্তার করিয়া ।
দণ্ডে তুষ্ট তাঁরে প্রভু পাঠাল্য নদীয়া ॥ ৩০

অর্থ :

গঙ্গাদাস কৌবহু প্রভুগী অচানবা মনাইনি ।
মাবু নীংশিংলবদি সংসারনা পুনবা কোক্কনি ।। ২৭
আচার্য্য পুরন্দব চৈতন্যগী মনাইনি ।
গৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা মাবু পাবা কৌরিবনি ।। ২৮
দামোদর পণ্ডিত প্রেম য়াম্না ফবা মসা অমনি ।
প্রভুগী মথক্তা মহাক্না রারক্লিবনি ।। ২৯
রারবপগী রা অসি হান্নজরকে মতুংদা ।
রারকপদা পেল্লহনা থাগ্রে নদীয়াদা ।। ৩০

## গৌর-কৃপা-টীকা

২৭। গঙ্গাদাস পণ্ডিত—বশিষ্ঠ মুনিগী সাইওন্নি। গঙ্গাদাস পণ্ডিতকী টোলদা (লাইরিক তম্ফম শঙদা) প্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদা ব্যাকরণ-নচিংবা শাস্ত্র তম্লম্মী। নবদ্বীপকী বিদ্যানগরদা মহাকী লৈকম্নি।

২৮। পুরন্দর আচার্য্যবু মহাপ্রভুনা "পাবা" হাঙ্গনা কৌরম্মী।

২৯—৩০। দামোদর পণ্ডিত—ব্রজলীলাগী শৈব্যানি। মহাক মহাপ্রভুগা লোইননা নীলাচলদা লৈরম্মী। নীলাচলদা মহাপ্রভুনা লুখ্রাবী ব্রাহ্মণী অমগী মচানীপা অমবু য়াম্না নুংশি তৌরম্মী। মাহুদা দামোদর পণ্ডিতনা ডাক-শেনবিবা অহল অমগী মতৌগুম্না প্রভুদা পাওতাক পীহনা নীপা মচা অহুবু নুংশি তৌবা অহু থাম্লম্মী। অরোইবগী মতাং

তাঁহার অনুজ শাখা শঙ্কর পণ্ডিত।
প্রভুর 'পাদোপাধান' যাঁর নাম বিদিত॥ ৩১
সদাশিব পণ্ডিত যাঁর প্রভুপদে আশ।
প্রথমেই নিত্যানন্দের যাঁর ঘরে বাস॥ ৩২

অর্থ :—

সঙ্কর পণ্ডিত মহাক্কী তুংইনবা মনাইনি।
প্রভুগী "খোঙগী-মোন" হাঙ্গৈনা খ্বাইনা খঙনবনি॥ ৩১
সদাশিব-পণ্ডিত প্রভুগী চরণ নীংজবনি।
নিত্যাইনা অহানবদা মাগী য়ুমদা লৈবনি॥ ৩২

---

গৌর-কৃপা-টীকা।

অহুম শুবদা থৌবম অসি শব্দোক্লা ইরি। থৌদোক অসিগী মতুংদা প্রভুনা মহাকপু মিচং-মিখাই নাইদবা ডাক-শেনবিরিবা অহল অমনি হাঙ্গৈনা নীংতুনা নবদ্বীপ্তা শচীমাতাগী মনাক্তা থাখি।

ব্রাংক্লিবনি ব্রাহৈন। ডাক-শেনবিবিবনি। ব্রারকপদা পেল্লহুনা দামোদরনা প্রভুদা ব্রারকপা অহুদা পেল্লহুনা। দামোদরনা প্রভুবু য়াম্না মুংশিবম্মী ; মুংশিবা অসিনা হৃকচিন্না মুংশিথিহুনা প্রভুদা কনা কনাগুপ্না মানা নন্দ। গৌরভক্তনবগীদমক, প্রভুদা ব্রাহৈনা ব্রারক্লম্মী ; মাহুদা প্রভুনা য়াম্না পোল্লম্মী। প্রভুবু অশোইব-অঙান লাকনবগী এবএদা ব্রাহৈনা ব্রারকপিবা অহুদা প্রভুনা পেল্লহুনা মহাকপু নদীয়াদা ময়াগী মনাক্তা থাবম্মী।

৩১। মহাক্কী তুংইনবা—দামোদর পণ্ডিতকী মনাও অতোনবা। মহাক ব্রহ্মচারী ভদ্রানি। নীলাচলদা গম্ভীরাদা প্রভুগী চরণ সেবা তৌই। অহিংদা চরণ সেবা তৌনতৌনা প্রভুগী খুয়াদা তুমখি অমসুং প্রভুসু মহাক্কী মথক্তা খোঙ থাঙতুনা তুম্মী। মমম অহুনা মী পুম্নমক্লা মাবু প্রভুগী "খোঙগী মোন" হাঙ্গৈনে।

৩২। নবদ্বীপ্তা লাক্লগা অহানবদা।

শ্রীনৃসিংহ উপাসক প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী।
প্রভু তাঁর নাম কৈল 'নৃসিংহানন্দ' কার ॥ ৩৩
নারায়ণ পাণ্ডিত এক বড়ই উদার।
চৈতন্য-চরণ বিনু নাহি জানে আর ॥ ৩৪
শ্রীমান পণ্ডিত শাখা প্রভুর নিজ ভৃত্য।
দেউটী ধরেন যবে প্রভু করেন নৃত্য ॥ ৩৫
শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী বড ভাগ্যবান।
যার অন্ন মাগি কাড়ি খাইলা ভগবান ॥ ৩৬

অর্থ :—

শ্রীনৃসিংহ নীংই প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারীন
মা মমিং নৃসিংহানন্দ থোনী প্রভুন । ৩৩
নারায়ণ-পণ্ডিত যাম্না লীন হৈনা অমি ।
চৈতন্য চরণ নত্তন তৈ খংদবি ॥ ৩৪
শ্রীমান-পণ্ডিত প্রভু মশ মধী মনাইনি ।
প্রভুনা জগোই শাবদ থাওমৈ পাইরবনি । ৩৫
শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী লাইবক যব অমনি ।
মাঙোন্দগা চাক-নিতুনা ভগবান্না চারবনি ॥ ৩৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৫। থাওমৈ—দেউটী, মৈ। চন্দ্রশেখর আচার্য্যগী যুমদা মহাপ্রভুনা শ্রীমননিত্যানন্দগী খুৎ পাইদুনা, ভক্তি দেবীনা মুর্ত্তি পান্দুনা চো থোমজুনা জগোই শাবগুম্না নিংথীনা জগোই শাবা মতম অদুদা শ্রীমান পণ্ডিতনা প্রভুগী মাঙদা মৈ পাইরম্মী।

৩৬। শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী—নবদ্বীপ্তা লৈবনি, অপাম্বা লৈত্রবা বৈষ্ণবনি, ভিক্ষা নিজবদা ফংলকপা অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা কংলগা (ভোগ লাগাইবগা) প্রসাদ অদু ফংই। নোমজি প্রভুগী সঙ্কীর্ত্তন্দা মহাক্না ভিক্ষাগী ঝোলা থাউ অদু মরেংবান্দা য়ান্দুনা জগোই শারম্মী। মহাকী প্রেম্না মহাপ্রভুবু খুদুম চনখ্রদুনা খঙবা ভুমদদুনা মহাক্না মনাক্তা চংলগা বৈষ্ণব অদুগী ঝুলি থাউ অদুদগী ভিক্ষাদা ফংলকপা চেং অদু মুষ্টি মুষ্টি লৌদুনা চারম্মী। (শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী মধ্যখণ্ডগী অধ্যায় ১৬ শুবা য়েংবিয়ু)।

নন্দন আচার্য্য শাখা জগতে বিদিত।
লুকাইয়া দুই প্রভুর যাঁর ঘরে স্থিত॥ ৩৮

অর্থ :—

নন্দন আচার্য্য মনাইনি থঙই জগৎনা।
মাগী য়ুমদা প্রভু অনিনা লৈখি লোতুনা॥ ৩৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অতুগা নোংমনা প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীগী মকমদা চাক চাগে হাঙ্গৈরম্মী; মাহুদা প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না ভক্তশিংগী পাওতাক লৌহনা মহাক্কা চেং অতুদা লক্তুথরো শাংত্রিবা পুকত্নুংথরো অহু শোইজিন্নগা মথুংনা ইশোক-শোক্তনা চাক অহু থোংলে; প্রভুযু শ্রীনিত্যানন্দগা লোঈননা ইকজরগা মথুংমক্কা বিষ্ণুদা কংলগা হাখি। শ্রীচৈতন্য ভাগবত মধ্যখণ্ড অধ্যায় ২৫ দা য়েংবিয়ু।

৩৭। প্রভু অনিনা—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং শ্রীমন মহাপ্রভু অনিনা। শ্রীমন্নিত্যানন্দ—প্রভুনা তীর্থ কোঈহুনা লৈরিঙৈগী মতমদা, নবদ্বীপ্তা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দর পোক্লে হাঈবসি তাবা ফংই; মহাক্কা নবদ্বীপ্তা লেঙলকপা মতমদা অহানবদা প্রভু উনত্রিঙৈদা নন্দন আচার্য্যগী যুমদা চংলম্মী, মহাপ্রভুনা মরূপ মপাজা লোঈনহুনা মকম অহুদা চতুনা শ্রীনিত্যাইচাঁদগা উনরম্মী (শ্রীচৈতন্য ভাগবত, মধ্যখণ্ড অহুমশুবা অধ্যায়)। অহুগা শ্রীমন মহাপ্রভুনা নোংমা শ্রীপাদ অদ্বৈত আচায্যগা প্রেমগী মরমদা ওইনরবদগী শাউহুনা গঙ্গাদা চোংথরম্মী; মাহুদা শ্রীনিত্যাই অমসুং শ্রীলহরিদাস ঠাকুরনা শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোবু কোঙ্খিন্দুনা পুথংলকই, মী খঙহন্দনা লোম্না থম্নবগীদমক য়াথং পীরম্বগা প্রভুনা নন্দনাচার্য্যগী ময়ুমদা লোংলম্মী। নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা ময়াম পূম্নমক অমুক তিন্নখি (শ্রীচৈতন্য ভাগবত মধ্য অধ্যায় ১৭ শুবা)।

পয়ার অসিদা "প্রভু অনি" হাঈরিবসি মহাপ্রভুগা অদ্বৈত প্রভুগা মনিবু খঙনবদ্রে য়াহ, মরমদি শ্রীঅদ্বৈত প্রভুসু নন্দন-আচার্য্যগী ময়ুমদা অমুকথক লোথখি। মাদুগী থোদোক্তি অসিনি। শ্রীমন্নিত্যানন্দনা নবদ্বীপ্তা লাক্লবগী মতুংদা নোংমা মহাপ্রভুনা রাসলীলা

শ্রীমুকুন্দদত্ত শাখা প্রভুর সমাধ্যায়ী।
যাঁহার কীর্ত্তনে নাচে চৈতন্যগোসাঞি॥ ৩৮

অর্থ :—

মুকুন্দদত্ত প্রভুগা তম্মিন্নৈ মনাইনি।
মাগী কীর্ত্তন্দা চৈতন্যনা জগোই শাবনি॥ ৩৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পণ্ডিত্তা হাঙ্গিরম্মী—"রামাই। নং শান্তিপুরদা চত্তুনা অদ্বৈত—আচার্য্যদা হাঙ্গিরু, হায়োল্লি, "মহাক্না কনাগুম্বা অমগীদমক যাম্না কপ্লিবা, রাম্না চরাহেল্লিবা গঙ্গাজল-তুলসী কত্তুনা খুরুম্লিবা, অহুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অহু ঐমি, মহাক্কী প্রেম্না ঐবু চিংশিনবা অহুদা খাগুবা ওমত্রতুনা ঐহাক অবতার তৌররবনি, মাগোন্দা হাঙ্গিগদবনি, মহাক্না মাগী মুপীগা লোঙ্গিনন্না ঐগী পূজাগী পোৎলম পুরক্তুনা ঐবু পূজা তৌ, অতুগা, শ্রীপাদ নিত্যানন্দ মফম অসিদা লাক্লে হাঙ্গিনসিম্নু মাগোন্দা হাঙ্গিগদবনি।" প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না রামাই পণ্ডিতনা শান্তিপুরদা চত্তুনা অদ্বৈত অচার্য্যদা বা পুন্নমক অহু হঙ্গংলুরে। প্রভুনা তাকপিরকপা অচুম্বা বা অতুগী মবমদা করিম্ন চিংনবা লৈত্রবম্নু মী খ্বাইনা থাজনবগীদমক শ্রীগৌরচন্দ্রবু পরিক্ষা অমদি মতৌরগে হাঙ্গিনা পুক্লিংদা চপ-যুংনা লেপ্লে—মহাক্না প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না মুপী লোঙ্গিনতুনা পূজাগী পোৎলম পুতুনা ঈশোঙ্গি-শোঙ্গিদনা চংলগে নীংলে, তৌইগুম্বমুং ইহান-হানবদা প্রভুগী নাক্তা চংলবোই। মহাক্না নন্দন আচার্য্যাগী যুমদা লোত্তুনা লৈরগে; মাহুদা প্রভুনা করিগুম্বা মহাক্না লোংলিবা অহু থগুবা ওম্নবদি অমম্ভুং মাগোন্দা করিগুম্বা ঐশ্বর্য্য (তৌগুম্বা) উৎপা ওম্নবদি অতুগা মহাক্কী মকোক্তা প্রভুগী চরণ থাঙ্গৎপিরবদি, অহু ওইরবদি প্রভু অসি থাঙ্গৈশেংবা মহাক্না নাংজরিবা (পূজা তৌজরিবা) শ্রীকৃষ্ণ অহুমক্তি হাঙ্গিনা থাজগনি। মতৌ অম্নুম্না রাশক্লগা মহাক্কী মুপীগা লোঙ্গিনন্না পূজাগী পোৎলম পুন্নমক পুতুনা নবদ্বীপ্তা থুংলতুনা নন্দন-আচার্য্যগী যুমদা লৈরগা রামাই-পণ্ডিত্তা হাঙ্গিরকই —"বাং প্রভুগী মনাক্তা চংলো অদ্বৈত-আচার্য্য লাক্লে হাঙ্গিকয়ো; বা পুন্নমক্তি ফোংদোক্লগনু।" রামাই পণ্ডিতনা লাকপা অহু অন্তর্য্যামী প্রভুনা উবগা হাঙ্গিরকই—"খগুলে, আচার্য্যনা ঐবু পরিক্ষা তৌবা পাম্লে, চংলো রামাই, নন্দন আচার্য্যগী মযুমদগী মাবু মফম অসিদা পুতুনা লাকউ।" রামাই অমুক হন্না চত্তুনা মাগোন্দা হাঙ্গিক মহাক্তি মুপীগা লোঙ্গিনতুনা থুংলরে। (শ্রীচৈতন্য ভাগবত মধ্যখণ্ড অধ্যায় ৬ শুবা)।

৩৮। তম্মিন্নৈ—লাইমিক তম্মিন্নৈ। মুকুন্দ দত্তগী মযুমদি শ্রীহট্টনি, বৈদ্যনি।

বাসুদেবদত্ত প্রভুর ভৃত্য মহাশয়।
সহস্রমুখে যাঁর গুণ কহিলে না হয়॥ ৩৯
জগতে যতেক জীব তার পাপ লঞা।
নরক ভুঞ্জিতে চাহে জীব ছোড়াইয়া॥ ৪০
হরিদাস ঠাকুর শাখার অদ্ভুত চরিত।
তিন লক্ষ নাম তেঁহো লয়েন অপতিত॥ ৪১
তাহার অনন্তগুণ কহি দিঙ্মাত্র।
আচার্যগোসাঞি যাঁরে ভুঞ্জায় শ্রাদ্ধপাত্র॥ ৪২

অর্থ :—

বাসুদেবদত্ত প্রভুগী অচানবা মনাইনি।
চীন-লিশংনা মাগী মগুণ হঙবা ঙমদবনি॥ ৩৯
জগত্তা লৈবা জীবগী পাপ অদু পুর্নাংই।
জীববু মুংডাইহনগা মানা ঝাবা পামহ॥ ৪০
মনাই হরিদাস ঠাকুরগী অঙকপা লমচৎনি।
নোংমদা নাম লক্ষ অহুম তাদনা শোনবনি॥ ৪১
মাগী মগুণ্ড অনন্তনি, মমিংতা হাঙ্গবনি।
অদ্বৈতনা মাবু শ্রাদ্ধগী পোৎ পীজর্বনি॥ ৪২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪০। বাসুদেব দত্তনা মতম অমদা মহাপ্রভুদা হাঙ্গজরম্মী—“প্রভু কৃপা তৌবিয়ুনা জগত্তা লৈরিবা জীব পুম্নমকী পাপ অসি ননাহ ঐনা পুজরগা নরক্তা (নোরোক্তা) ভাজগে, অদুগা মখোঙ্গ পুম্নমকপুদি মুক্তি পীনবিয়ু।” মধ্যলীলাগী ১৫ শুবা মতাংগী পয়ার ১৫৮–৭৮ দা য়েংবিয়ু।

৪১। তাদনা—মশিং ঝাৎপা লৈতনা; চপ-চপ চানা। হরিদাস ঠাকুরদি মুনিং খুদিংগী নাম ১৬ না অমা শারগা শোনবা হরি নাম অসি লক্ষ অহুম শোনবা কাঙ্গদে (তোক্কে)।

৪২। অনন্তনি - মপান-নাইদবনি। মমিংতা—খজিক্তা, শম্নপা। শ্রাদ্ধগী পোৎ—শোরাৎ শোমবদা য়াওবা পোৎ। শ্রাদ্ধ মুমিৎতা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলবা চাক প্রসাদী অসি বেদ-শাস্ত্র খঙবা ব্রাহ্মণ নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বদা পীজবা য়াদে; শাস্ত্রগী ঝানি। তৌইগুম্বসুং হরিদাস ঠাকুরদি যবন (পাঙল) গী শাগৈদা পোক্লবসু ভক্তিগী অমা বৈষ্ণব

প্রহ্লাদসমান তাঁর গুণের তরঙ্গ।
যবন তাড়নে যার নহিল ভ্রূভঙ্গ॥ ৪৩

**অর্থ :—**

প্রহ্লাদগা মান্নে মাগী ফজবা মগুণ।
পাগলশিংনা ন্নারকপদা হোংখিদে পুক্চেন॥ ৪৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শামজনা মাবু ইকাইখুম্নরি শ্রীমদ অদ্বৈত প্রভুনা নোংমা মপাগী শ্রাদ্ধদা মহাকপু ব্রাহ্মণদগী অথোইবা বৈষ্ণব ওইবে হাঙ্গনা মীংতুনা শ্রাদ্ধগী প্রসাদা অদু পীজে। মীনা ভাংনৈ, মতৌ অদুদা অদ্বৈত প্রভুগী শাগৈ-নাতৈ বার্ত্তন ফংদুনা লাকপা ব্রাহ্মণশিং অদুবু মাঙ্গথীবা পীবিবনি হাঙ্গনা নাংনরক্কুনা। মুমিং অদুদা মাগী যুমদা শ্রাদ্ধগী পোং কবিন্ন চাদবে, এবমং ডদগী অদ্বৈত প্রভুসু ইমুংহুম্না চবা লেপ্রে মুমিং অদু। মতুংগী মুমিংতা য়াম্না খন্নববা বিচাব তৌনববা মতুংদা অদ্বৈতগী যুমদা চাক চাও হাঙ্গবদি যাদ্রগা সিধা ওইনা লৌ হাঙ্গবদি যারে। অদুদগী সিধা ওইনা পুদুনা চংনখাব লাইগী নোংদমদগী মুমিং অদু নোং যাম্না তাখবে, নোং অদু যাম্না কম্না হেগনা তাখিব। মরম্না খুল অদুগী মৈ পুম্নমক মুংখারে। অদুদগী হেন্দোক্কুনা মাদুগা তাইনব খুল ফাওবা মৈ মুংখরে : মরম অদুদগী ব্রাহ্মণশিং অদুনা চাক থোংনবগীদমক মৈ থিবা ফংদবে। মৈ ফংজ্রবনিনা মাখাঙ্গনা চাক থোংবা ওমদ্রে। চাক লামশিল্লকপনসু থমথোকপা ন্নারব, মতম অদুদা মখোঙ্গনা ভাব তারে, শ্রীঅদ্বৈতগী মগুন্না অওকপা থৌদোক ওসি থোক্লিবনি হাঙ্গনা লৌরে, মখোঙ্গনা মাংলমচংকী ব্যবহার লমচং অদুগীদমক ইকাইরদুনা শ্রীঅদ্বৈতগী মফমদা লাক্কুনা ওন্নাংগী চাক চজিক অদু চাজবগে হাঙ্গনা হঙ্গংল ব। মতম অদুদা শ্রীঅদ্বৈতনা ব্রাহ্মণ পুম্নমক অদুবু পুদুনা হরিদাসকী গোফাদা (লাইনীংফমদা) থুংলরে, এফম অদুদা মখোয়না উবা ফংলে—খুল পুম্নমক অদুগী মনুংদা হবিদাস মতোমদগী মনাক্তা লৈবাক্কী পাত্র অমদা মৈ লৈরম্মী। মাদু উবদা মী পুম্নমক্না ওক্লখরে অমসুং হরিদাসকী অওকপা মগুণ উবদা খ্বাইস্ন ওক্লখবে। (বারেন্দ্র—ব্রাহ্মণ শাগৈগী শাস্ত্র)।

৪৩। প্রহ্লাদ অসি-হিংচাবগী নিংথৌ হিবণ্য কশিপুগী মচানি, তৌইগুম্বসুং প্রহ্লাদতি অশেংবা কৃষ্ণ ভক্তনি, হিরণ্যকশিপুনা কৃষ্ণভক্তি থাদোকউ (কৃষ্ণ নীঙ্গমু) হাঙ্গদুনা য়াম্না খাম্মী, তৌইগুম্বসুং প্রহ্লাদনা মপাগী য়াথং অদু ইন্দ্রবদা মপানা মচা অদুবু য়াম্না ওমথে

তিঁহো সিদ্ধি পাইলে, তাঁর দেহ লৈয়া কোলে।
নাচিলা চৈতন্য প্রভু মহাকুতুহলে ॥ ৪৪
তাঁর লীলা বর্ণিয়াছেন বৃন্দাবনদাস।
যেবা অবশিষ্ট আগে করিব প্রকাশ ॥ ৪৫

অর্থ :—

মানা সিদ্ধি ফংবদা মশা অহু পনবিাখ।
মহাপ্রভুনা যায়া হরাওনা জগোই শাখি ॥ ৪৪
মাগী লীলা বৃন্দাবনদাসনা শীংথাখরে।
অরাংপা অহু মতুংদা ফোংদোকচবা তারে ॥ ৪৫

গৌর-কৃপা-টীকা

লৈত্তনা অরাবা পীরে—মৈ মমুংদা হুপ্তিরে, শামুগী মখোঙনা নেংহল্লে, লিনগী খায়াত্তা হুপ্তিরে, পুম্নমক অহুদম্ন করিগুম্বা অমতা নাচুংত্রে; প্রহ্লাদনা কৃষ্ণভক্তি থাদোক্রে। হরিদাস ঠাকুরসু পাঙনগী শাগেদা পোক্লগা হিন্দুগী মতৌগুম্না হরিনাম কীর্ত্তন তৌই হাইদুনা পাঙনশিংনা (যবনশিংনা) মহাকপু য়াম্না অরাবা পীখি, পাঙনগী নিংথৌনা মাগী য়াথং ইপ্রবদা হাঙ্গৈরকই—"কৈথেন কুম্নিথোইদা মাবু পুরগা লীচৈনা ফু।" কাজি নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না য়াম্না কন্না ফুখি; তৌইগুম্বসুং অহুম তৌদ্রনসু হরিদাসনা নাম লোনবদি ত্রোকখিদে (শ্রীচৈতন্য ভাগবত আদিখণ্ড অধ্যায় ১১ শুবা)। প্রহ্লাদগী মতৌগুম্না হরিদাসতসু মখল-মখা অয়াম্বা ওৎ-নৈবা অরাবা পীত্রনসু মহাক্ন শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি লৈবা অহু কম্নিত্র হোংদোকহনবা ঙমখিদে হাঙ্গৈদুনা মহাকপু প্রহ্লাদগা মান্নবা হাইরিবনি।

৪৪—৪৫। মানা—হরিদাস ঠাকুরনা। সিদ্ধি ফংবদা—অরান খুবম ফংবদা। হরিদাস ঠাকুরনা অরান-খুবম ফংগ্রবগী মতুংদা মহাকী মশা অহু স্বয়ং মহাপ্রভুনা পমখরুনা জগোই শারম্মী, মরূপ-মপাং খিবিকা লোয়নদুনা সমুদ্র মপান্দা মাগী মশা অহু ফুমজিনম্মী অমসুং মহাক মাঙখিবগী (লৈখিদবগী) দমক স্বয়ং মহাপ্রসাদ ভিক্ষা তৌরম্মী (অরোইবা লীলা, মতাং ১১ শুবদা য়েংবিয়ু) উৎসবকীদমক। হরিদাস ঠাকুরগী অতোপ-অতোপা লীলাশিং অরোইবগী অহমগুবা মতাংদা লৈরে। ভক্ত, বৈষ্ণবগী হকচাংদি অচম্বা হকচাং (পাপ চেনবা) নত্তবনিনা মৈ থাবা হোৌদে; ফুমগদবনি।

তাঁর উপশাখা যত কুলীনগ্রামী জন।
সত্যরাজ আদি তার কৃপার ভাজন॥ ৪৬
শ্রীমুরারিগুপ্ত শাখা প্রেমের ভাণ্ডার।
প্রভুর হৃদয় দ্রবে শুনি দৈন্য যাঁর॥ ৪৭
প্রতিগ্রহ না করে, না লয় কার ধন।
আত্মবৃত্তি করি করে কুটুম্বভরণ॥ ৪৮
চিকিৎসা করেন যারে হইয়া সদয়।
দেহরোগ ভবরোগ দুই তার ক্ষয়॥ ৪৯
শ্রীমান সেন প্রভুর সেবকপ্রধান।
চৈতন্যচরণ বিনা নাহি জানে আন॥ ৫০

অর্থ :—

কুলিন-খুনগী মীশিং'হু মাগী মনাই ওাকনি।
সত্যরাজ-খাম্নচিংব'হু মাগী কৃপা ফংননি॥ ৪৬
শ্রীমুরারিগুপ্ত মনাইনি প্রেমগী ভাণ্ডারনি।
মাগী ভক্তি তাবদা প্রভুগী থমোই পেৎপনি॥ ৪৭
দান তৌবা লোদে শেনসু লোদে তোঙ্গা মীগী।
থবক তৌত্থনা ইমুং-মনুং যোকই জাতিগী॥ ৪৮
লায়েংবিবদা অনাবা মী'হুব মহাক্না।
অনাবসু কৈ, পুল্লুমসু কোকই সাংসাবনা॥ ৪৯
শ্রীমান-সেন প্রভুগী অচানবা সেবক।
চৈতন্যচরণ নত্তনা খাংদে খঙজদবনি॥ ৫০

গৌর-কৃপা টীকা

৪৬। সত্যরাজখান—শ্রীচৈতন্যগী লোঈনবনি। হরিদাস ঠাকুরনা কুলিন গাঁর খুন অহুদা মতম থরা লৈরম্মী, মাদুদা সত্যরাজ খাম্ন-চিব খন দ লবগা ভক্ত পুম্নমক মহাক্না তুংইনবা ওইখি।

৪৭-৪৯। শ্রীমুরারিগুপ্ত—মহাক নবদ্বীপতা লৈবনি, পণ্ডিত অমনি, মাগী মথৌদি মাইবা শাহনা ইমুং-মনুং লোন্নী, জাতিদি বৈদ্যনি। মহাপ্রভুনা ফোংদোক্লিবা মনা-মদা মহাক্কি লাই নীংলে। "শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্যচরিতামৃতম" কৌবা লাইরিক অসু "মুরারি গুপ্তনা" ইবনি হায়না খাইনা থাগৎলি।

শ্রীগদাধর দাস শাখা সর্ব্বোপরি।
কাজীগণের মুখে যেই বোলাইল হরি॥ ৫১
শিবানন্দসেন প্রভুর ভৃত্য অন্তরঙ্গ।
প্রভু স্থানে যাইতে সভে লয়েন যার সঙ্গ॥ ৫২
প্রতিবর্ষ প্রভুর গণ সঙ্গেতে লইয়া।
নীলাচল চলেন পথে পালন করিয়া॥ ৫৩

অর্থ :—

শ্রীগদাধরদাস মনাই পুম্নমকী মকোক্লি।
কাজীশিংগী মচিন্দা হরি শোলহনবনি॥ ৫১
শিবানন্দ সেন প্রভুগী মতুংচনবা মনাইনি।
প্রভুগী মনাক চংপদা ময়াম পুরিবনি।। ৫২
চহি খুদিং প্রভুগী ভক্তশিংগা লোঈননা।
ক্ষেত্রদা চংলি লমজিংদুনা খ্বাইবু ঙাকুনা॥ ৫৩

## গৌর-কৃপা টীকা

৫১। শ্রীমন মহাপ্রভু অমসুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু অনিগী মনাইগী (মসাগী) মতুংদা শ্রীগদাধরদাস অথোইবা অমনি। মহাক্তি মতম লৈবা থিবিক্তা গোপী ভাব-তা মুন্দুনা লৈ। লম অতুদা লৈবা যবনকাজীনা কীর্ত্তন তৌবা অসিবু য়াম্না য়েংথীরম্মী। নোংমা গদাধর দাসনা অহিংগী মতমদা প্রেম্না ঙাওরদুনা "হরি হরি" শোন্দুনা কাজীগী মযুমদা চংখ্রগা হাঙ্গরুবে—"হায়! কাজী কদাইদা লৈ? হৌজিকমক থুনা কৃষ্ণ হাঙ্গম্ব, নত্র।দি নকোক থুগাইগনি।।" মাসি তাবদা কাজী অদু মৈগা মাম্না শাওখরে। গদাধরদাস উবদা খম্না নেমই। মতম অদুদা কাজীনা মাঙোন্দা করি মরমগী লাকপনো হাঙ্গনা হংলবদা থুম্নকই—"শ্রী শ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী কৃপানা নী পুম্ন.ক মচিন্দা কৃষ্ণ শোম্নখরে; হাংলিবা হাঙ্গববু নং নত্তোমতা মঙাইরে। নংবু হরিনাম শোলহনগে হাঙ্গবগীদমক ঐ লাক্লিবনি; কাজী নং হরি হরি হাঙ্গযু, ঐনা নংবু পাপ পুম্নমক্তগী কোকথোকপিগনি।" মাতুদা কাজীনা নোক্লদুনা হাঙ্গম্নকই' "তাও গদাধর। হয়েং হবি শোম্নগে ঙসিদি নয়ুমদা চংলো।" গদাধরনা মুংঙাইরক্লদুনা হাঙ্গরকই— "কারগী হয়েং? হৌজিক্ত। নচিম্না হরি হাঙ্গ-খ্রিবহুদি; মাতুদা নংগী পাপ পুম্নমক কোকখ্রবনি।" মাসি হাঙ্গরগা গদাধর প্রেম্না ঙাওরদুনা, খুবাক খুদুনা জগোই শাগংলক্রে। মাসিগী তুংদা মহাক মযুমদ হনখরে। কাজীদু অহনগী হৌনা হিংসা তৌবা কল্লকপা পুম্নমক থাদোকখবে। (শ্রীচৈতন্যভাগবত অন্ত্যখণ্ড ৫শুবা অধ্যায়)।

৫২-৫৩। রথযাত্রা কাং চিংাত্রওদা চহি খুদিংগী গৌড়গী ভক্তশিংনা মহাপ্রভু দর্শন-গীদমক (উনীংদুনা) নীলাচলদা (ক্ষেত্রদা) চংলী, মতম অদুনা শিবানন্দ সেননা লোইনবা

ভক্তে কৃপা করেন প্রভু এ তিন স্বরূপে।
সাক্ষাৎ, আবেশ, আর আবির্ভাব রূপে॥ ৫৪
সাক্ষাতে সকল ভক্ত দেখে নির্ব্বিশেষ।
নকুল ব্রহ্মচারিদেহে প্রভুর আবেশ॥ ৫৫

অর্থ :—

প্রভুনা ভক্তদা কৃপা পীবি অহুম থোক্না।
ফোংদোকপা, চঙবা, ফাওবিবা অহুমসি ওইনা॥ ৫৪
ফোংদোকপদা ভক্ত পুম্নমক্না চপ মান্নবা উই।
নকুল ব্রহ্মচারী মশাদা প্রভুনা চঙই॥ ৫৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

মী পুম্নমক অহু চংলী; মহাক্না লম্বেল মকম খঙই; অমস্থং ময়াম পুম্নমক অহুগী থরচনচিংবস্থু মহাক্না পুথোকই। ঙাক্তুনা—শেংন-চানবা পুথোক্তুনা; নিংথেংনা চংহুনা।

৫৪। ফোংদোকপা মী পুম্নমকপু উহনবা। চঙবা—করি করিগুম্বা মতমদা পুকচেল শেংবা ভক্তগী থমোইদা ভগবানগী শক্তি চঙই; মতম অহুদা ভক্ত অমগী মপানগী জ্ঞান মাঙখি, অমুত ওক্লবা মী অঙাওবগী মতৌগুম্না মশাগী মহৌশাগী শক্তি অহু মথুখিহুনা থম্মোইস্থংদা চংলক্লিবা ভগবানগী শক্তি অহুনা লুচিংহুনা থনক পুম্নমক তৌরকই—মতম অহুদা মহাক্তী ওইথোক্তবা শকক্তম, ওইথোক্তবা লমচং ফোংদোরকই। মতৌ অস্লম তৌবা ফিবম ওইরকপদা ভক্ত অহুগী মশাদা ভগবানগী শক্তি চঙলে হাঙইনৈ (আবেশ ওইরে হাঙইমে), কাচা হকচাং অহু মুলহনবা কৌনৈ। ফাওবিবা -শ্রীকৃষ্ণনা করি করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা ভক্তগী মফমদা কৃপা তৌনিংহুনা মহাক্তী মমাংদা পুক্লিংহুবা মশক অহু উহল্লী, উহল্লীবা অসি ভক্ত অহুত্না উবা ফংবনি অহুগা মী অতৈনদি মনাক্তা লৈরবস্থু উবা ফংদে। মতৌ অস্থুম্না ফোংদোকপা অসিবু আবির্ভাব (ফাওবিবা) কৌই। ফোংদোকপা, চঙবা, ফাওবিবা—শকক্তম অহুম অসি ওইনা ভগবান্না ভক্তশিংদা কৃপা পীনবি। মতুংগী পয়ার অহুমদা অহুম থোক্ন কৃপা তৌবিবা অসিগী মথল নও হাঙজরি। অরোইবা লীলাগী অনিশুবা মতাংদা য়েংবিয়ু।

৫৫। মহাপ্রভুনা ফোংদোক্না লীলা শান্নবা মতমদা মী পুম্নমক্না ইথুংগো মাবু চপ মান্নবা উবা ফংই। নকুল ব্রহ্মচারীগী মশাদা অমুক্তং শ্রীমন মহাপ্রভুনা চঙখি; মতম

'প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী' তাঁর আগে নাম ছিল।
নৃসিংহানন্দ' নাম প্রভু পাছেতে রাখিল॥ ৫৬
তাঁহাতে হইল চৈতন্যের আবির্ভাব।
অলৌকিক ঐছে প্রভুর অনেক স্বভাব॥ ৫৭
আস্বাদিল এই সব রস শিবানন্দ।
বিস্তারি কহিব আগে এ সব আনন্দ॥ ৫৮

অর্থ :—

'প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী' মাগী অহানবা মমিংনি।
প্রভুনা 'নৃসিংহানন্দ' মতুংদা থোনবনি॥ ৫৬
মাঙোন্দা গৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা ফাওবিরম্মী।
প্রভুনা ওইথোক্কবা স্বভাব য়াম্না পুথোক্লম্মী॥ ৫৭
রস পূর্ণমক অসি লৌবম্মী শিবানন্দনা।
ভুংদা পূর্ণমক অসি হাঙ্গজগে মুংঙাইনা॥ ৫৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুদদি ব্রহ্মচারী মশাগী মরমচৎ অহু কাউথরে; মহাক্কী মশা অহুস্ত শ্রীগৌরাঙ্গগী হকচাংগী কুচুংদোনা ডৌপ্রোক ডৌথোরকই, মহাক্কী মচীন্দা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দর ইবুংঙোগী রা-তমক ৷৷ংই, মতম ৶ভুদা ৷াঙোন্দা প্রভুগী শক্তি ফোংদোক্লম্বনি, মরম অসি শন্দোক্না অরোইবা লীলাগী আনন্দুবা মতাং লৈথরে।

৫৬-৫৭। হৌজিক ফাওবম্মী (আবিভাব ওইরম্মী) হাঙ্গবগী রা হাঙ্গজরি। নৃসিংহানন্দগী মমাংদা শিবানন্দ সেনগী মযুমদ মহাপ্রভুনা অমুক্কং ফাওরম্মী (আবির্ভাব ওইরম্মী), নৃসিংহানন্দ মতোমতনা উবা ফংলম্মী অতে কনা অমতা উবা ফংদে—শিবানন্দস্তু উবা ফংদে। অরোইবা লীলাগী অনিশুবা মতাংদা শন্দোক্না লৈথরে।

৫৮। ফোংদোকপা, চৎবা অমসুং ফাওবিবা (আবির্ভাব)—শকফম অহুম অনিগী কৃপা অহু লাংবক ফনা শিবানন্দনা ফংজরে। নবদ্বীপগী, নীলাচলদা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা মফমদা মহাক্না মহাপ্রভুগী মশক উবা ফংই, ইবুংঙো মাগী পাওতাকশু তাবা ফংই। চহি অমা, পোইনু থাক্না নৃসিংহানন্দনা শিবানন্দগী মযুমদা মথল মথা অয়াবা পোংচংনা প্রভুদা লুক কংলম্মা। মতম অহু প্রভুদি নীলাচলদা (ক্ষেত্রদা) লৈরম্মী;

শিবানন্দের উপশাখা তাঁর পরিকর।
পুত্র ভৃত্য-আদি চৈতন্যের অনুচর॥ ৫৯
চৈতন্যদাস, রামদাস, আর কর্ণপূর।
তিন পুত্র শিবানন্দের-প্রভুর ভক্ত শূর॥ ৬০
শ্রীবল্লভসেন আর সেন শ্রীকান্ত।
শিবানন্দ-সম্বন্ধে প্রভুর ভক্ত একান্ত॥ ৬১
প্রভুর প্রিয় গোবিন্দানন্দ মহাভাগবত।
প্রভুর কীর্ত্তনীয়া আদি শ্রীগোবিন্দদত্ত॥ ৬২

অর্থ :—

শিবানন্দগী মনাই-নাইথাং লোঈনবা মাগী।
মচা মনাইনচিংবা তুংইনবনি, গৌরগী॥ ৫৯
চৈতন্যদাস রামদাস কর্ণপূর অহুমসি।
প্রভুগী ভক্তনি শিবানন্দগী মচাশিংসি॥ ৬০
শ্রীবল্লভসেন অতুগা সেন শ্রীকান্ত ভক্ত।
শিবানন্দগী মবীদগী প্রভুগী ওই ভক্ত॥ ৬১
অচানবা গোবিন্দানন্দ মহাভাগবতনি।
প্রভুগী কীর্ত্তনীয়া গোবিন্দদাসনি॥ ৬২

গৌর-কৃপা টীকা

তৌই গ্রন্থস্থং নৃসিংহানন্দনা উদম্মী, প্রভু লেওগক্লনা (আবির্ভাব ওইরক্লনা) কচ্চরিবা লুক অহু হারে। হৌদৌ অসি অচুম্মকি,—নৃসিংহানন্দগী মিংত্না মিংত্রং তৌবা মদু—মতুংগী চহিদা স্বয়ং মহাপ্রভুগী মচিন্দগী রা অসি তারগা শিবানন্দ সেন্না খঙবা উম্নম্মী। ময়াম অসিগী মরমদা শব্দোল্লা ইরিবদি অরোইবা লীলাগী অনিশুবা মতাংদনি য়েংবিরু।

৬০। কর্ণপূর—মাগী মমিং'দি পরমানন্দ দাস কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্লোক লেংচনা মহাপ্রভুগী নাকোং (কর্ণ) পেন্না তাহল্লী হাঈজবা মাগী মমিং কর্ণপূর কৌরিবনি। মহাপ্রভুগী য়াথংদগী শিবানন্দ সেন্না মাগী মমিংবু পুরীদাস—পরমানন্দ পুরীদাস থোনথরে। আনন্দ—বৃন্দাবন-চম্পু, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মহাকাব্য ঙসিনচিংবা লাইরিক ময়াম অসিনা মহাকী লেংদবা মিংচৎনি।

শ্রীবিজয়দাস নাম প্রভুর আখরিয়া।
প্রভুরে অনেক পুঁথি দিয়াছেন লিখিয়া॥ ৬৩
'রত্নবাহু' বলি প্রভু থুইল তাঁর নাম।
অকিঞ্চন প্রভুর প্রিয় কৃষ্ণদাস নাম॥ ৬৪
খোলাবেচা শ্রীধর প্রভুর প্রিয় দাস।
যাহা সনে প্রভু করে নিত্য পরিহাস॥ ৬৫
প্রভু যাঁর নিত্য লয় থোড় মোচা ফল।
যাঁর ফুটা লোহপাত্রে প্রভু পিলা জল॥ ৬৬
প্রভুর অতি প্রিয়দাস ভগবান পণ্ডিত।
যাঁর দেহে কৃষ্ণ পূর্ব্বে হৈলা অধিষ্ঠিত॥ ৬৭

অর্থ :—

শ্রীবিজয়দাস বৌবহু প্রভুগী লাইরিক ইবনি।
প্রভুদা কংনবা লাইরিক য়াম্না ইজবনি॥ ৬৩
'রত্নবাহু' হায়িনা মমিং থোল্লী প্রভুনা।
প্রভুগী অচানবা মনাই ওই কৃষ্ণদাসনা।। ৬৪
লফু থবে যোনবা শ্রীধর, প্রভুগী মনাইনি।
প্রভুগা মাগা তিন্নরগা নোকচবনি।। ৬৫
মাগী লফু-থবো অনৌবা নিত্তিগী লৌই।
মাগী অকাঈবা চফুদা প্রভুনা ঈশিং থকই।। ৬৬
ভগবান পণ্ডিত প্রভুগী অচানবা মনাইনি।
মাগী মশাদা শ্রীকৃষ্ণ লওদনা লৈবনি। ৬৭

গৌর-কৃপা-টীকা

৬৫-৬৬। অকাঈবা—অহোবা। নোংমা প্রভুনা কীর্ত্তন পুহনা শ্রীধরগী য়ুমদা চংলম্মী, মতম অদুদা শ্রীধরগী শুমাংদা য়োংলী অকাইবা চফু অমা ভাহুদা লৈরম্মী, প্রভুনা অদুম ওইবা চফু অকাঈবা অদুনা ঈশিং থকম্মী। শ্রীধর য়াম্না লাইরবা ওইরবসু প্রভুগী অচানবনি, হায়িবাস মতৌ অসিদা থগবা ওম্মী। শ্রীধরগী মোকাখা লফুথবো লৈবা চংলদা প্রভুগা য়ায়া কাগিগী রাইহে-য়াতা ভাবেদুনা হরাওখিরে। শ্রীচৈতন্য ভাগবত, আদিখণ্ড ৮ শুবা অধ্যায়।

জগদীশ পণ্ডিত আর হিরণ্য মহাশয়।
যাঁরে কৃপা কৈল বাল্যে প্রভু দয়াময়॥ ৬৮
এই-দুই-ঘরে প্রভু একাদশীদিনে।
বিষ্ণুর নৈবেদ্য মাগি খাইল আপনে। ৬৯
প্রভুর পঢ়ুয়া দুই-পুরুষোত্তম, সঞ্জয়।
ব্যাকরণে মুখ্য শিষ্য দুই মহাশয়॥ ৭০
বনমালী পণ্ডিত শাখা বিখ্যাত জগতে।
সোনার মুষল হল দেখিল প্রভুর হাতে॥ ৭১
শ্রীচৈতন্যের অতিপ্রিয় বুদ্ধিমন্ত খান।
আজন্ম আজ্ঞাকারী তেঁহো সেবক প্রধান॥ ৭২

অর্থ:

জগদীশ পণ্ডিত অহুগা হিরণ্য মহাশযবু।
থৌজাল হৈবা প্রভুনা কৃপা তৌবি মখোঙ্গবু॥ ৬৮
একাদশী নুমিৎতা য়ুম অনিসিদা প্রভুনা।
বিষ্ণুগী নৈবেদ্য নিহুনা হা-খি মশানা॥ ৬৯
পুরুষোত্তম, সঞ্জয় অনি প্রভুগী সেনক্লি।
মহাশয় অনিসি ব্যাকরণ হৈবা শিষ্যনি। ৭০
বনমালী পণ্ডিত জগৎ ফাওরিবা মনাহনি।
প্রভুগী খুৎতা সনাগী-গদা-লাঙ্গোল উবনি। ৭১
বুদ্ধিমন্ত খান শ্রীচৈতন্যগী অচানবনি।
পোকপদগী হৌথং ইজবা সেবক মকোক্নি॥ ৭২

গৌর-কৃপা টীকা

৬৯। প্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদা মতম্দা হিরণ্য অমসুং জগদীশ পণ্ডিত অনিনা একাদশী থোকপা নুমিৎ অমদা বিষ্ণুদা কত্থনবা নৈবেদ্য (অথুম-অচাও) শেম-শারম্মী। অন্তর্যামী প্রভুনা মাহ্ খঙলহনা নৈবেদ্য অদু চাগ হাঙ্গিহনা কপ্লে। হিরণ্য অমসুং জগদীশনা মাহ্ খঙলহনা নৈবেদ্য অদু উম্মক পুবগুম্না প্রভুদা পীজখি। (শ্রীচৈতন্য-ভাগবত, আদিখণ্ড ৪ শুবা অধ্যায)।

৭১। নোংমা মহাপ্রভুনা শ্রীবলদেবগী ভাবতা মুন্নি, মতম অদুদা বনমালী পণ্ডিতনা ইবুংঙোগী মখুত্তা সনাগী গদা অমসুং লাঙ্গাল পাঙ্গবা উথি।

৮২। অনুপম বল্লভ— মহাক শ্রীরূপ সনাতনগী মনাওনি, শ্রীজীব গোস্বামীগী মপানি। মহাক্কী মপানা থোনবা মিংদি শ্রীঅনুপম কৌই, গৌড়েশ্বরনা মাবু বল্লভ মল্লিক কৌবা কম পীখ। পয়ার অসিদদি অনুপম হায়রে অসিনা কম ওইরে। বল্লভ হায়রে অসিনা মমিং ওইরে। কবি কর্ণপুরনা লাইরিক্তা 'অনুপম মল্লিক' হাঙ্গিনা ইবগনু হাওই।

গরুড় পণ্ডিত লয়ে শ্রীনামমঙ্গল।
নামবলে বিষ যাঁরে না করিল বল॥ ৭৩
গোপীনাথসিংহ এক চৈতন্যের দাস।
'অক্রুর'বলি প্রভু যাঁরে করে পরিহাস॥ ৭৪
ভাগবতী দেবানন্দ বক্রেশ্বর-কৃপাতে।
ভাগবতের ভক্তি অর্থ পাইল প্রভু হৈতে॥ ৭৫
খণ্ডবাসী মুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন।
নরহরিদাস, চিরঞ্জীব, সুলোচন॥ ৭৬
এই সব মহাশাখা চৈতন্য কৃপা ধাম॥
প্রেমফল-ফুল করে যাহাঁ তাহাঁ দান॥ ৭৭
কুলীনগ্রাম বাসী—সত্যরাজ, রামানন্দ।
যদুনাথ, পুরুষোত্তম, শঙ্কর, বিদ্যানন্দ॥ ৭৮
বানীনাথ বসু আদি যত গ্রামী জন।
সভেই চৈতন্যভৃত্য চৈতন্য প্রাণ ধন॥ ৭৯
প্রভু কহে কুলীন গ্রামের যে হয় কুক্কুর।
হে মোর প্রিয় অন্যজন বহু দূর॥ ৮০

অর্থ :—

গরুড় পণ্ডিত য়াংফবা-পীনবা নাম লৌবনা।
হুনা মাবু মাংহনবা ঃমাদ নামগী পাঙ্গলনা॥ ৭৩
গোপীনাথসিংহ চৈতন্যগী মনাই অমনি।
প্রভুনা মাবু অক্রুর হাঙ্গনা ফাগী তৌবনি॥ ৭৪
ভাগবতী দেবানন্দ বক্রেশ্বর-কৃপানা।
ভাগবতকী ভক্তি অর্থ ফংই প্রভুদগী॥ ৭৫
খণ্ডবাসী মুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন।
নরহরিদাস চিরঞ্জীব সুলোচন॥ ৭৬
পুম্নমক্নি চৈতন্যগী মস-মরেংনি।
প্রেমগী মপান-মহৈ মফম খুদিংদা পীবিবনি॥ ৭৭
কুলীন খুন্দা লৈবা—সত্যরাজ, রামানন্দ।
যদুনাথ, পুরুষোত্তম শঙ্কর, বিদ্যানন্দ॥ ৭৮
বাণীনাথবসুনচিংবা মী মখৈ খুনগী।
পুম্নমক মনাইনি থরাইনি শ্রীচৈতন্যগী॥ ৭৯
প্রভুনা হাই—কুলীনদা লৈরিবা হুই কাওবসি।
ঐনা নুংশিজে মীগী বাদি থমু থমথিসি॥ ৮০

কুলীন গ্রামের ভাগ্য কহনে না যায়।
শুকর চরায় ডোম সেহো কৃষ্ণ গায়॥ ৮১
অনুপম বল্লভ, শ্রীরূপ, সনাতন।
এই তিন শাখা বৃক্ষের পশ্চিমে সর্ব্বত্তম॥ ৮২
তার মধ্যে রূপ-সনাতন বড় শাখা।
অনুপম জীব রাজেন্দ্রাদি উপশাখা॥ ৮৩
মালীর ইচ্ছায় দুই শাখা বহুত বাঢ়িল।
বাঢ়িয়া পশ্চিমদিশা সব আচ্ছাদিল॥ ৮৪
আদিসিন্ধুনদী-তীর আর হিমালয়।
বৃন্দাবন—মথুরাদি যত তীর্থ হয়॥ ৮৫

অর্থ :—

কুলীন খুনগী লাইবকফবসি শীংথাবা ঙম্মোই।
শুক-শেনবা থুমোকশাবাসু কৃষ্ণ শোননা পমই॥ ৮১
অনুপম, বল্লভ, শ্রীরূপ-সনাতননা।
নোংচুপ্তা গচৌবা উসা ওইরি অহুম॥ ৮২
মাতুদগী রূপ সনাতনমা অচৌবা মসানি।
অনুপম জীব রাজেন্দ্রে মসা-মচানি॥ ৮৩
মালীগী রাখম্না মসা অনিহু চাউখরে।
চাওখৎলক্লুনা নোংচুপ মাইকৈ থনখরে॥ ৮৪
সিন্ধু-তুরেন মপান হিমালয় য়ৌবা ফাওবা।
বৃন্দাবন মথুরা তীর্থ ময়াম লৈরিবা॥ ৮৫

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৮৩-৮৪। অনুপম—শ্রীবল্লভ। জীব-শ্রীজীব গোস্বামী। রাজেন্দ্র—সনাগুহন, হাঙৈনে মহাক অসি সনাতন গোস্বামীগী মচানি; তৌইগুদুং শ্রীসনাতনগী মচা লৈরমী হাঙৈব॥ অমেম্না থঙবা ঙমদে। মসা মনিহু—শ্রীরূপ অমসুং সনাতনগী মসাত। মাতুদগী—মাতু॥ মতুংদগী।

৮৫। সিন্ধু তুরেন মপান—পঞ্জাবগী সিন্ধু তুরেন মপান ফাওবা।

দুই শাখার প্রেমফলে সকল ভাসিল।
প্রেমফলাস্বাদে লোক উন্মত্ত হইল॥ ৮৬
পশ্চিমের লোক সব মূঢ় অনাচার।
তাহাঁ প্রচারিল দোঁহে ভক্তি সদাচার॥ ৮৭
শাস্ত্রদৃষ্টে কৈল লুপ্ত তীর্থের উদ্ধার।
বৃন্দাবনে কৈল শ্রীমূর্ত্তিসেবার প্রচার॥ ৮৮
মহাপ্রভুর প্রিয়ভৃত্য রঘুনাথ দাস।
সর্ব্বত্যাগি কৈল প্রভুর পদতলে বাস॥ ৮৯
প্রভু সমর্পিল তাঁরে স্বরূপের হাথে।
প্রভুর গুপ্তসেবা কৈল স্বরূপের সাথে॥ ৯০

অর্থ :—

মশা অনিগী প্রেমদা পূন্নমক তাউখরে।
প্রেম চাবদা মী পুন্নমক ময়াই কাথরে॥ ৮৬
নোংচুপ মাইকৈগী মী-শিংদি অপঙবা ভাক্তনি।
মাতুদা অনিনা ভক্তি লমচৎ শন্দোকপিবনি॥ ৮৭
শাস্ত্রগা চুননা, খঙঙদ্রবা-তীর্থ ফোংদোক্লে।
বৃন্দাবন্দা শ্রীমূর্ত্তি সেবা তৌবা শন্দোক্লে॥ ৮৮
রঘুনাথ দাস প্রভুগী অচানবা মনাইনি।
পূন্নমক থাদোক্লুনা প্রভুগী চরণদা লৈবনি॥ ৮৯
প্রভুনা মাবু স্বরূপকী মখুত্তা শিন্নৈ।
প্রভুগী চরণ সেবা স্বরূপকা তৌমিন্নৈ॥ ৯০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৭। অপঙবা—লমচৎ খঙদবা। অনিনা শ্রীরূপ-সনাতননা।

৮৮। শ্রীমূর্ত্তি সেবা শন্দোক্লে—শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামীনা শ্রীমদনমোহন বিগ্রহ (মূর্ত্তি) গী সেবা তৌবা শন্দোক্লক্লে।

৮৯-৯২। পূন্নমক থাদোক্লুনা—সংসারগী বিষয়গী শেন-থূম থাদোক্লুনা। স্বরূপকী মখুত্তা—স্বরূপ-দামোদরগী মখুত্তা। চরণ সেবা—অথুপ্পা সেবা। মসুংচনবা সেবা—প্রভুনা

ষোড়শ বৎসর কৈল অন্তরঙ্গ সেবন।
স্বরূপের অন্তর্ধানে আইলা বৃন্দাবন।। ৯১
বৃন্দাবনে দুই ভাইর চরণ দেখিয়া।
গোবর্দ্ধনে ত্যজিব দেহ ভৃগুপাত করিয়া।। ৯২
এই ত নিশ্চয় করি আইলা বৃন্দাবনে।
আসি রূপ-সনাতনের বন্দিলা চরণে।। ৯৩
তবে দুই ভাই তাঁরে মরিতে না দিল।
নিজ তৃতীয় ভাই করি নিকটে রাখিল।। ৯৪

অর্থ :—

চহি তরাতরুক মনুংচনবা সেবা ৎংই।
স্বরূপ উখিত্রবদা বৃন্দাবন্দা লাকই।। ৯১
বৃন্দাবন্দা রূপ-সনাতনগী চরণ উরগা।
শিরগে নীংলে গোবর্দ্ধন্দগী চোংথরগা।। ৯২
অসুম্না খল্লদুনা বৃন্দাবন্দা লাক্লে।
থুংলদুনা রূপ-সনাতনগী চরণ খুরুম্লে।। ৯৩
মচিন-মনাও অনিনা মাবু শিহন্দরে।
অহুমশুবা মনাও ওইনা মনাক্তা থম্বিরে।। ৯৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

লীলাগী রাখন্দা লুপখিদুনা মপানগী জ্ঞান মাওংবদা, মতম অদুদা ভাকশেন্দুনা সেবা তৌবা অদু মনুংচনবা সেবা কৌই। গোবর্দ্ধন্দগী— গোবর্দ্ধন কৌবা চীংদগী। নীলাচলদা মহাপ্রভুনা লীলা লোইশিল্লবগী মতুংদা রঘুনাথ-দাস রাবনা থরাই পুবা ওমখিদরে; অদুম ওইনমক স্বরূপ দামোদরগা লৈমিন্নবগী ওগ্না রানা রানা পুল্লি অদুম লেপ্লে; তৌই-শুবসুং মতম খরগী মতুংদা স্বরূপ-দামোদরসু উখিদরে, মতম অদুদা মহাক্তা হিংদুনা লৈগে হায়না খল্লে; মহাক্তা চপ-চুনা নীংলে— শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎলগা শ্রীরূপ সনাতনগী চরণ খুরুমজরগা গোবর্দ্ধন চীংদগী চোংথদুনা শিরগে। অসুম হায়না খল্লদুনা বৃন্দাবন্দা লাক্লে।

মহাপ্রভুর লীলা যত বাহির অন্তর।
দুইভাই তাঁর মুখে শুনে নিরন্তর॥ ৯৫
অন্নজল ত্যাগ কৈল অন্য কথন।
পল দুই তিন মাঠা করেন ভক্ষণ॥ ৯৬
সহস্র দণ্ডবৎ করেন লয়ে লক্ষ নাম।
দুই সহস্র বৈষ্ণবেরে নিত্য পরণাম॥ ৯৭
রাত্রি দিনে রাধাকৃষ্ণের মানস-সেবন।
প্রহরেক মহাপ্রভুর চরিত্র কথন॥ ৯৮
তিন-সন্ধ্যা রাধা কুণ্ডে অপাতিত স্নান।
ব্রজবাসী বৈষ্ণবে করে আলিঙ্গন মান॥ ৯৯

অর্থ : -

মহাপ্রভুগী লীলা থিবিক মনুং মপানগী।
মচিন-মনাওনা ৎংতনা তাঈ মাগী মচিন্দগী॥ ৯৫
চাক-চাবা থাদোক্লে অরেম্বা ঝা ওাংথিদরে।
মাখোন মুং অমা-অনিদংদা প্রসাদী লৌরে॥ ৯৬
দণ্ডবৎ লিশিংলক কৎলি নাম লক্ষ অমা লৌই।
বৈষ্ণবলিশিং অনি মুমিৎ খুদিংগী খুরুমই॥ ৯৭
রাধাকৃষ্ণ অহিং-মুংথিল পুক্লিংনা সেবা তৌই।
প্রহর অমা মহাপ্রভুগী লমচংগুণ পাই॥ ৯৮
সন্ধ্যা অহুম কাঈদনা লুপই রাধা কুণ্ডদা।
মুংশিনা বোল্লী ব্রজবাসী বৈষ্ণবশিংদা॥ ৯৯

গৌর-কৃপা-টীকা

৯৫-৯৬। মনুং-মপানগী—ভক্ত খিবিকা তিন্নহুনা শ্রীহরিনাম—সঙ্কীর্তনচিংবা তৌবা অসিনা মপানগী লীলানি। অতুগা ব্রজলীলাগী ভাব-তা চংথিহুনা তেংথাবানচিংবা তৌবা অসিনা মহাকী মনুংগী লীলানি।

৯৭ শ্রীল রঘুনাথ-দাস গোস্বামীনা মুমিৎ খুদিংগী হরিনাম লক্ষ অমা (১০০০০০) লোল্লী, শ্রীকৃষ্ণদ দণ্ডবৎ লিশিং অমা কৎলি অমসুং বৈষ্ণব লিশিং অনিবু খুরুম্মী।

৯। কাঈদনা লুপই—ইরুজবগী নিয়ম অহু লোংনত্তনু কাঈদে।

সার্দ্ধ সপ্ত প্রহর করে ভক্তির সাধনে।
চারি দণ্ড নিদ্রা সেহো নহে কোন দিনে॥ ১০০
তাঁহার সাধনরীতি শুনিতে চমৎকার।
সেই রঘুনাথদাস প্রভু যে আমার॥ ১০১
ইহ সভার যৈছে হৈল প্রভুর মিলন।
আগে বিস্তারিয়া তাহা করিব বর্ণন॥ ১০২
শ্রীগোপাল ভট্ট এক শাখা সর্ব্বোত্তম।
রূপ সনাতন-সঙ্গে যাঁর প্রেম-আলাপন॥ ১০৩

অর্থ ঃ—

প্রহর অরেৎমথাই ভক্তি সাধন তৌই কাঈদে।
দণ্ড মরি তুম্মী করিগুম্‌" নুমিৎতা তুমদে॥ ১০০
মহাক্কী সাধন নিয়ম তাবদা অঙকপনি।
অহুম ওইবা রঘুনাথ দাস অহ্‌ ঐগী প্রভুনি। ১০১
মখোঙ্গ খ্বাইনা প্রভুগা তিন্নরম্বা অহ্‌।
শীংথাজরগে মথাদা শন্দোক্না মাহ্‌॥ ১০২
শ্রীগোপাল ভট্ট অথোইবা মসা অমনি।
রূপ-সনাতনগা প্রেমগী য়াম্নী তৌমিন্নবনি॥ ১০৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০০। প্রহর অরেৎ মথাই—প্রহর নীপাল্লা শাবা অহিং অমগা নুংথিল অমগী মস্থংদা দাস গোস্বামীনা প্রহর অরেৎ মথাই লাই-নীংই (ভজন তৌই); হাঙ্গবদি হৌজিক্কী পুংদা পুং ২২.৫০ লাই নীংই; পুং ১.৫০ না তুমই—মাসিস্ন মতম পুংমক্তা চপ মান্ননা তুম্বা নত্তে. লীলা নীংশিংবদা মুন্দুনা লৈথিবা মতম থোক্লবদি শুকতুম তুমদে।

দণ্ড ৮ না প্রহর ১ নি
প্রহর ৮ নত্রগা দণ্ড ৬৪ না নুমিৎ ১ নি (অহিং ১+নুংথিল ১ নি)।
প্রহর ১ গা পুং ৩ গা মান্নে।

১০১-১০২। রঘুনাথদাস অহ্‌—শ্রীলরঘুনাথদাস গোস্বামী অহ্‌ শ্রীল কবিরাজ-গোস্বামীগী রাগানুগ ভজনগী শিক্ষাগুরুনি হাঙ্গইহ্‌না মহাক্পু কবিরাজনা প্রভু হাঙ্গনা কোংদোক্রে। মখোঙ্গ খ্বাইনা—শ্রীরূপ নচিংবনা। মথাদা—মধ্য-লীলাদা।

শঙ্করারণ্য-আচার্য্য বৃক্ষের এক শাখা।
মুকুন্দ কাশীনাথ রুদ্র-উপশাখায় লেখা॥ ১০৪
শ্রীনাথপণ্ডিত প্রভুর কৃপার ভাজন।
যাঁর কৃষ্ণসেবা দেখি বশ ত্রিভুবন॥ ১০৫
জগন্নাথ-আচার্য্য প্রভুর প্রিয়দাস।
প্রভুর আজ্ঞাতে তেঁহো কৈল গঙ্গাবাস॥ ১০৬
কৃষ্ণদাস বৈদ্য আর পণ্ডিত শেখর।
কবিচন্দ্র আর কীর্ত্তনীয়া ষষ্ঠীবর॥ ১০৭
শ্রীনাথমিশ্র শুভানন্দ শ্রীরাম ঈশান।
শ্রীনিধি শ্রীগোপীকান্ত মিশ্র ভগবান॥ ১০৮
সুবুদ্ধি মিশ্র হৃদয়ানন্দ কমলনয়ন।
মহেশ পণ্ডিত শ্রীকর শ্রীমধুসূদন॥ ১০৯
পুরুষোত্তম শ্রীগালিম জগন্নাথ দাস।
শ্রীচন্দ্রশেখর-বৈদ্য দ্বিজ হরিদাস॥ ১১০

অর্থ : --

শঙ্করারণ্য-আচার্য্য মসা অমনি।
মুকুন্দ কাশীনাথ রুদ্র মসা-মচানি॥ ১০৪
শ্রীনাথ পণ্ডিত প্রভুগী কৃপা তুংনকম্নি।
মাগী কৃষ্ণ সেবা উবদা মী শুমং২পনি॥ ১০৫
জগন্নাথ-আচার্য্য প্রভুগী অচানবা মনাইনি।
প্রভুগী য়াথংদগী গঙ্গা মপান্দা লৈবনি॥ ১০৬
কৃষ্ণদাস-বৈদ্য অমুগা পণ্ডিত শেখর।
কবিচন্দ্র অমুগা কীর্ত্তণীয়া ষষ্ঠীবর॥ ১০৭
শ্রীনাথমিশ্র শুভানন্দ শ্রীরাম ঈশান।
শ্রীনিধি শ্রীগোপীকান্ত মিশ্র ভগবান॥ ১০৮
সুবুদ্ধি মিশ্র হৃদয়ানন্দ কমলনয়ন।
মহেশ পণ্ডিত শ্রীকর শ্রীমধুসূদন॥ ১০৯
পুরুষোত্তম শ্রীগালিম জগন্নাথ দাস।
শ্রীচন্দ্র শেখর-বৈদ্য দ্বিজ হরিদাস॥ ১১০

---

### গৌর-কৃপা টীকা

১১০। গালিম—শ্রী য়াম্না ভাংবা হৈবা অমুবু গালিম কৌই। শ্রীগালিম জগন্নাথ দাস—বা য়াম্না ভাংবা হৈবা জগন্নাথ দাস।

রামদাস কবিচন্দ্র শ্রীগোপাল দাস।
ভাগবতাচার্য্য ঠাকুর সারঙ্গ দাস॥ ১১১
জগন্নাথ তীর্থ বিপ্র শ্রীজানকীনাথ।
গোপাল-আচার্য্য আর বিপ্র বাণীনাথ॥ ১১২
গোবিন্দ মাধব বাসুদেব তিন ভাই।
যাঁ সভার কীর্ত্তনে নাচে চৈতন্য-নিত্যাই॥ ১১৩
রামদাস-অভিরাম-সখ্য প্রেমরাশি।
ষোল-সাঙ্গের কাষ্ঠ হাথে লৈয়া কৈলা বাঁশী॥ ১১৪

অর্থ :—

রামদাস কবিচন্দ্র শ্রীগোপাল দাস।
ভাগবতাচার্য্য ঠাকুর সারঙ্গ দাস॥ ১১১
জগন্নাথ তীর্থ বিপ্র শ্রীজানকী নাথ।
গোপাল আচার্য্য অদুগা বিপ্রবাণীনাথ॥ ১১২
গোবিন্দ মাধব বাসুদেব মচিন-মনা না।
কীর্তন তৌবদা জাগোই শাহ চৈতন্য-নিত্যাইনা। ১১৩
রামদাস অভিরাম—কৃষ্ণগা মরূপ ওই
মী জুরা তরা-তরক্লা পুবা চৈ-না বাশী ওই। ১১৪

গৌর-কৃপা-টীকা।

১১৩। কৃষ্ণদাস বৈদ্যদগী বাসুদেব ফাওবদা ইশ্বিবা মশিং খিবিব সি মাখাদনা কীর্তন তৌবদা প্রভুনা নুংঙাইজহনা জাগোই শাই

১১৪। রামদাসকী অতোপ্পা মমিং অমদি অভিরাম কৌই . ঠাকী প্র চনদি মরূপকী ভাব চেনবা পুকচেল্লি। করিগুম্বা চৈ-শাং অমগী মযাইদা অরাম্বা ং মা পুন্সিগা চৈ-অহূগী মচিন অনিদা মী অমম পাঙ্গহুনা পুবা মওদা মী ন চই হাইবদি মী জুরা অমা মত্রগা মী পাবোং অমনা চৈ অহু পুই ওচুগুম্বা মী-পাবাং ১৬ না হাইবদি মী ৩২ না পুগদবা চাউরব লমবা উপ অমবু অভিরাম নাসনা মঙাম-না ইলাই-লাইনা থাজংতুনা বাঁশী থোংবগী মতৌঙুম্ন। মাগী চিনবান মনাক্ত। থম্বা ওম্মী। মহাক অসি ব্রজলীলাগী শ্রীদাস-মরূপনি। "পুরা শ্রীদাস-নামাসীদভিরামোহধুনা মহান। দ্বাত্রিংশতা জনৈরেব বাহ্যং কাষ্ঠমুবাহ যঃ॥ গৌরগণোদ্দেশ। ১২৬।"

প্রভুর আজ্ঞায় নিত্যানন্দ গৌড়ে চলিলা।
তাঁর সঙ্গে তিন জন প্রভু-আজ্ঞায় আইলা॥ ১১৫
রামদাস, মাধব, আর বাসুদেব ঘোষ।
প্রভু-সঙ্গে রহে গোবিন্দ পাইয়া-সন্তোষ॥ ১১৬
ভাগবতাচার্য্য চিরঞ্জীব শ্রীরঘুনন্দন।
মাধবাচার্য্য কমলাকান্ত শ্রীযদুনন্দন॥ ১১৭
মহাকৃপাপাত্র প্রভুর জগাই-মাধাই।
পতিত পাবন-গুণের সাক্ষী দুই ভাই॥ ১১৮

অর্থ :—

প্রভুগী য়াথংনা নিত্যাই গৌড়দেশতা লাক্লে।
প্রভুগী য়াথংনা মী অহুম পুদুনা লাক্লে॥ ১১৫
রামদাস, মাধব, বাসুদেব ঘোষ অহুম।
গোবিন্দ নুংঙাইবা ফংদুনা লৈ প্রভুগা॥ ১১৬
ভাগবতাচার্য্য চিরঞ্জীব শ্রীরঘুনন্দন।
মাধবাচার্য্য কমলাকান্ত শ্রীযদুনন্দন॥ ১১৭
জগাই—মাধাই প্রভুগী মহাকৃপা পাত্রনি।
অতোনবা লানবিবগী সাক্ষী মচিন-মনাওনি॥ ১১৮

গৌর-কৃপা-টীকা

১১৫-১১৬। রামদাস, মাধব অমসুং বাসুদেব ঘোষ মী অহুম অসি শ্রীচৈতন্যগী লোঈনবা ওইরবসু মহাকী য়াথংনা শ্রীনিত্যাইনন্দগা লোঈনদুনা নীলাচল ক্ষেত্রদগী গৌড়-দেশতা লাক্লে। মরম অসিনা মথোঙ্গী অসি মহাপ্রভুগী মনাই ওইরবসু প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না শ্রীনিত্যানন্দগী মনাইগী মনুং চল্লে। অহুম অসি নত্তবা ভক্ত মথাম অমসু শ্রীনিত্যানন্দগা লোঈনদুনা গৌড়দেশতা লাক্লমী।

১১৮। মহাপ্রভুনা অতোনবা মীবু লানবি হাঙবসি জগাই অমসুং মাধাই মচিন-মনাও অসিনা সাক্ষীনি।

গৌড়দেশের ভক্তের কৈল সংক্ষেপ কথন।
অনন্ত চৈতন্য ভক্ত না যায় কথন॥ ১১৯
নীলাচলে এই সব ভক্ত প্রভুসঙ্গে।
দুই স্থানে প্রভু সেবা কৈল নানা রঙ্গে॥ ১২০
কেবল নীলাচলে প্রভুর যে-যে ভক্তগণ।
সংক্ষেপে তা সভার কিছু করিয়ে কথন॥ ১২১
নীলাচলে প্রভু-সঙ্গে যত ভক্তগণ।
সভার অধ্যক্ষ প্রভুর মর্ম্ম দুই জন॥ ১২২
পরমানন্দপুরী, আর স্বরূপ দামোদর।
গদাধর জগদানন্দ শঙ্কর বক্রেশ্বর॥ ১২৩

অর্থ :—

গৌড়দেশকী ভক্ত থরা শয়ম্বা ইবনি।
চৈতন্যগী ভক্তদি শীংথাবা ঙমদবনি॥ ১১৯
ক্ষেত্রদা ভক্ত ময়াম প্রভুগা লোইননা লৈ।
মফম অনিদা প্রভুগী সেবা তৌদুনা লৈ॥ ১২০
নীলাচলদা প্রভুগা লৈমিন্নবা ভক্তশিংগী।
য়ারম শয়ম্বা হান্নজরি মখোইশিংদুগী॥ ১২১
নীলাচলদা ভক্তশিং লৈরিবা প্রভুগী।
অচানবা ভক্ত অনিনা লুচিংবনি প্রভুগী॥ ১২২
পরমানন্দপুরী, অদুগা স্বরূপ দামোদর।
গদাধর জগদানন্দ শঙ্কর বক্রেশ্বর। ১২৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১১৯-১২০। অসি ক্লাওবদা মমিং পল্লিবা ভক্তশিং অসি গৌড় দেশতা লৈবনি। মখোইনা অহানবদা গৌড় দেশতা লৈরগা প্রভুগী সেবা তৌই অমসুং নখোইরবা মতুংদসু নীলাচলদা লৈরগা প্রভুগী সেবা তৌই। মফম অনিদা—গৌড় অমসুং নীলাচলদা।

১২২-১২৩। পরমানন্দ পুরীদগী হৌদুনা রঘুনাথ দাস ক্লাওবগী ভক্তশিং অসি গৌড়গা লৈরমদি, মখোইনা মতম লৈবা থিবিক্তা নীলাচলদা লৈদুনা প্রভুগী সেবা তৌই।

দামোদর পণ্ডিত ঠাকুর হরিদাস।
রঘুনাথ বৈদ্য আর রঘুনাথ দাস॥ ১২৪
ইত্যাদিক পূর্ব্বসঙ্গী বড় ভক্তগণ।
নীলাচলে রহি করে প্রভুর সেবন॥ ১২৫
আর যত ভক্তগণ গৌড়দেশবাসী।
প্রত্যব্দপ্রভুরে দেখে নীলাচলে আসি॥ ১২৬
নীলাচলে প্রভুর যার প্রথম মিলন।
সেই ভক্তগণ এবে করিয়ে গণন॥ ১২৭
বড় শাখা এক সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য।
তাঁর ভগ্নীপতি শ্রীগোপীনাথাচার্য্য॥ ১২৮

অর্থ :—

দামোদর পণ্ডিত ঠাকুর হরিদাস।
রঘুনাথ বৈদ্য অমসুং রঘুনাথ দাস॥ ১২৪
অসিনচিংবসি ভক্ত ওাক্তনি মমাংগী।
নীলাচলদা লৈরগা সেবা তৌই প্রভুগী॥ ১২৫
অমসুং ভক্তশিংনা গৌড়দেশতা লৈবা।
চহি খুদিংগী নীলাচলদা লাকই প্রভু য়েংবা॥ ১২৬
নীলাচলদা প্রভুগা অহানবা উনবা।
ভক্তশিং অদু হৌজিক হৌজরে শীংথাজবা॥ ১২৭
সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা অচৌবা মসানি।
মাগী মচনগী মীপানা গোপীনাথাচার্য্যনি॥ ১২৮
কাশীমিশ্র প্রদ্যুম্নমিশ্র রায় ভবানন্দ।

---

গৌর-কৃপা-টীকা

বাসুদেবনচিংবা গৌড়দেশবাসী ভক্ত পূমনকী মমিং অহানবদা হাঙৈখিবশিং অসিনা, রথযাত্রা কাংগী মতমদা চহি খুদিংগী নীলাচলদা লাকুনা প্রভুগী সেবা তৌই, মতম পূমনমক নীলাচলদা লৈতে। রঘুনাথ বৈদ্য—মাইবা শাখা রঘুনাথ।

১২৭। অমুনা নীলাচলদা লাক্লগা অহানবদা ভিন্নরবা ভক্তশিং অমসুং নীলাচলদা লাক্লিঙৈদনি প্রভুগা ভিন্নরবা ভক্তশিং অমসুংগী মমিং হাঙৈজরি।

কাশীমিশ্র প্রদ্যুম্নমিশ্র রায় ভবানন্দ।
যাঁহার মিলনে প্রভু পাইল আনন্দ॥ ১২৯
আলিঙ্গন করি তাঁরে বলিল বচন।
তুমি পাণ্ডু, পঞ্চপাণ্ডব তোমার নন্দন॥ ১৩০
রামানন্দ রায় পট্টনায়ক গোপীনাথ।
কলানিধি সুধানিধি নায়ক বাণীনাথ॥ ১৩১
এই পঞ্চপুত্র তোমার-মোর প্রিয় পাত্র।
রামানন্দ সহ মোর দেহভেদ মাত্র॥ ১৩২
প্রতাপরুদ্র রাজা আর ওড্র কৃষ্ণ নন্দ।
পরমানন্দ মহাপাত্র ওড্র শিবানন্দ॥ ১৩৩
ভগবান আচার্য্য ব্রহ্মানন্দাখ্য ভারতী।
শ্রীশিখি মাহিতী আর মুরারি মাহিতী॥ ১৩৪

অর্থ :—

প্রভুনা নুংঙাইবা ফংই মাগা তিন্নবদা ॥ ১২৯
মাঙোন্দা কোন্সিন্দুনা প্রভুনা হাঙ্গৈবনি।
নংদি পাণ্ডুনি, পঞ্চপাণ্ডব নংগী নচানি॥ ১৩০
রামানন্দ রায় পট্টনাযক গোপীনাথ।
কলানিধি সুধানিধি নায়ক বাণীনাথ'। ১৩১
নংগী নচা মঙা অসি ঐনা নুংশিবনি।
রামানন্দগা ঐগনি হকচাং খেন্নবতনি॥ ১৩২
প্রতাপরুদ্র নিংথৌ অমুগা ওড্র কৃষ্ণানন্দ।
পরমানন্দ মহাপাত্র ওড্র শিবানন্দ॥ ১৩৩
ভগবান-আচার্য্য ব্রহ্মানন্দাখ্য ভারতী।
শ্রীশিখিমাহিতী অমুগা মুরারিমাহিতী॥ ১৩৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১২৯। মাগা তিন্নবদা—ভবানন্দগা তিন্নবদা।
১৩০। নং পাণ্ডুনি—রায় ভবানন্দ রেংহুনা হাঙ্গৈরিবনি।
১৩৩। ওড্র—উরিষ্যাদা লৈবা মী।

মাধবী দেবী শিখিমাহিতীর ভগিণী।
শ্রীরাধার দাসী মধ্যে যার নাম গণি॥ ১৩৫
ঈশ্বর পুরীর শিষ্য-ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর।
শ্রীগোবিন্দ নাম তাঁর প্রিয় অনুচর॥ ১৩৬
তাঁর সিদ্ধি কালে দোঁহে তাঁর আজ্ঞা পাঞা।
নীলাচলে প্রভু স্থানে মিলিলা আসিয়া॥ ১৩৭
গুরুর সম্বন্ধে মান্য কৈল দোঁহাকারে।
তাঁর আজ্ঞা মানি সেবা দিলেন দোঁহারে॥ ১৩৮
অঙ্গ-সেবা শ্রীগোবিন্দেরে দিলেন ঈশ্বর।
জগন্নাথ দেখিতে চলেন আগে কাশীশ্বর॥ ১৩৯

অর্থ :—

মাধবী দেবী শিখিমাহিতীগী মচান্নি।
শ্রীরাধাগী মনাইগী মরক্তা মশিং চনবনি॥ ১৩৫
ঈশ্বরপুরীগী শিষ্য-ব্রহ্মচারী কাশীশ্বরনি।
গোবিন্দ কৌবহ মাগী অচানবা মনাইনি॥ ১৩৬
মাগী সিদ্ধি মতমদা অনিনা য়াথং ফংহুনা।
নীলাচলদা প্রভুগা তিন্নরে লাক্তুনা॥ ১৩৭
অনিহুবু ইকাই খুম্নে গুরুবু য়েংহুনা।
অনিহুদা সেবা পীরে য়াথং ইন্দুনা॥ ১৩৮
শ্রীগোবিন্দবু ঈশ্বরগী হকচাং সেবা পীরে।
কাশীশ্বরগী মাঙদা জগন্নাথ দর্শণ চচরে॥ ১৩৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৩৭। মাগী সিদ্ধি মতমদা—শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীনা হকচাং থাদোক্লমদাইদা। অনিনা—কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দ।

১৩৮। য়াথং—ঈশ্বর পুরীগী য়াথং। শ্রীপাদ ঈশ্বর পুরীনা কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দবু নীলাচলদা চংলগা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌরু হাঙ্গনা য়াথং পী, য়াথং অহ্ ইন্দুনা (গুরুবগী-দমক) প্রভুনা মখোয়গী অনিগী সেবা লৌবা য়াথি; নত্রবদি য়ায়োইদবনি। মরমদি মখোয় অহ্ গুরুগী মনাওনি।

অপরশ যায় গোসাঞি মনুষ্যগহনে।
মনুষ্যঠেলি পথ করে কাশী বলবানে॥ ১৪০
রামাই নন্দাই দোঁহে প্রভুর কিঙ্কর।
গোবিন্দের সঙ্গে সেবা করে নিরন্তর॥ ১৪১
বাইশ-ঘড়া জল দিনে ভরেন রামাই।
গোবিন্দ আজ্ঞায় সেবা করেন নন্দাই॥ ১৪২
কৃষ্ণদাস-নাম শুদ্ধ কুলীন ব্রাহ্মণ।
যাঁরে সঙ্গে লৈয়া কৈলা দক্ষিণগমন॥ ১৪৩
বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ভক্তি অধিকারী।
মথুরাগমনে প্রভুর যেঁহো ব্রহ্মচারী॥ ১৪৪

অর্থ :—

মী মরক্তা শোক্লদনা চংলি গোসাঞিনা।
মী ইম্বোক্তুনা লম্বী শেম্মী কাশীশ্বরনা।। ১৪০
রামাই নন্দাই অনিমক প্রভুগী মনাইনি।
তত্তুনা গোবিন্দগা সেবা তৌমিন্নবনি। ১৪১
রামাইনা প্রভুগী ঈশিং চফু কুম্নিথোক্ট শোকই।
গোবিন্দগী য়াথংদগী নন্দাইনা সেবা তৌই॥ ১৪২
কৃষ্ণদাস কৌবা কুলীন ব্রাহ্মণ অচু শুচুনা।
মাগা লোঈননা মখান্নোমদা লেংই প্রভুনা।। ১৪৩
বলভদ্র ভট্টাচার্য্য প্রেম ভক্তি লৈবনি।
প্রভুগা মথুরা চংমিন্নে ব্রহ্মচারীনি।। ১৪৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৪০। শোক্লদনা—মী অমত্তা থেংনরুবা লৈতনা।

১৪২। রামাইনা প্রভুগী শিজিন্নবগীদমক মুমিং খুদিংগী ঈশিং চফু (সনাবুগ) কুম্নিথোই শোকই, অদুগা গোবিন্দনা য়াথং পীবগী মতুংইন্না নন্দাইনা প্রভুগী সেবা তৌই।

বড় হরিদাস আর ছোট হরিদাস।
দুই কীর্ত্তনীয়া রহে মহাপ্রভুর পাশ॥ ১৪৫
রামভদ্রাচার্য্য আর ওড্র সিংহেশ্বর।
তপন-আচার্য্য আর রঘু নীলাম্বর॥ ১৪৬
সিংহভট্ট কামাভট্ট দন্তুর শিবানন্দ।
গৌড়ে পূর্ব্বভৃত্য প্রভুর প্রিয় কমলানন্দ॥ ১৪৭
শ্রীঅচ্যুতানন্দ অদ্বৈত-আচার্য্য তনয়।
নীলাচলে রহে প্রভুর চরণ আশ্রয়॥ ১৪৮
নির্লোম গঙ্গাদাস আর বিষ্ণুদাস।
এই সবের প্রভুর সঙ্গে নীলাচলে বাস॥ ১৪৯
বারাণসী মধ্যে প্রভুর ভক্ত তিনজন।
চন্দ্রশেখর বৈদ্য, আর মিশ্র তপন॥ ১৫০

অর্থ :—

বড় হরিদাস অমসুং ছোট হরিদাস অনি।
মহাপ্রভুগী নাক্তা লৈ কীর্ত্তনীয়া অনি॥ ১৪৫
রামভদ্রাচার্য্য অমসুং ওড্র সিংহেশ্বর।
তপন-আচার্য্য অমসুং রঘু নীলাম্বর॥ ১৪৬
সিংহাভট্ট কামাভট্ট দন্তুর শিবানন্দ।
গৌড়দা অচানবনি প্রভুগী কমলানন্দ॥ ১৪৭
শ্রীঅচ্যুতানন্দ অদ্বৈতগী মচানা।
নীলাচলদা লৈ প্রভুগী চরণ চংজহনা॥ ১৪৮
নির্লোম গঙ্গাদাস অমসুং বিষ্ণুদাস ময়ামগা।
প্রভুনা তিন্নদুনা লৈ নীলাচলদা মখোইশা॥ ১৪৯
বরাণসীদা অহুম লৈ প্রভুগী মনাই।
চন্দ্রশেখর বৈদ্য অমসুং তপনমিশ্র মনাই॥ ১৫০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৫০। মথক্তা মতাং তরেং শুবদা পয়ার ৪৩ দা চন্দ্রশেখরবু শূদ্র হায়রিবত্তু মতম অসিদদি মহাকপু বৈদ্য হাঙ্গরবে।

রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য মিশ্রের নন্দন।
প্রভু যবে কাশী আইলা দেখি বৃন্দাবন॥ ১৫১
চন্দ্রশেখর ঘরে কৈল দুইমাস বাস।
তপনমিশ্রের ঘরে ভিক্ষা দুই মাস। ১৫২
রঘুনাথ বাল্যে কৈল প্রভুর সেবন।
উচ্ছিষ্টমার্জ্জন আর পাদসংবাহন॥ ১৫৩
বড় হৈলে নীলাচলে গেলা প্রভুর স্থানে।
অষ্টমাস রহিল, ভিক্ষা দেন কোন দিনে॥ ১৫৪
প্রভুর আজ্ঞা পাঞা বৃন্দাবনেরে আইলা।
আসিয়া শ্রীরূপ গোসাঞির নিকটে রহিলা॥ ১৫৫

অর্থ :—

রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য মচানি মিশ্রগী।
প্রভুনা কাশীদ, লাকপদা বৃন্দাবন্দগী॥ ১৫১
চন্দ্রশেখরগী মযুমদা লৈ থা অনি।
তপনমিশ্রগী যুমদা ভিক্ষা লৌই থ অনি॥ ১৫২
রঘুনাথ অংাং ওইনা প্রভুগী সেবা তৌই
প্রভুগী লুখাক শেংদোকই চরণ সেবা তৌই॥ ১৫৩
চাউরগা নীলাচলদা প্রভুগী নাক্তা চৎলি।
থা নীপান লৈ প্রভুদা ভিক্ষা মরক্তা কৎলি॥ ১৫৪
বৃন্দাবন্দা লাক্লে যাথং ফংদুনা প্রভুগী।
লাক্লগা মনাক্তা লৈরে শ্রীরূপ গোসাঞিগী॥ ১৫৫

---

## গৌর-কৃপা টীকা

১৫১। মচানি মিশ্রগী—তপন মিশ্রগী মচানি রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য।

১৫৩—৫৪। রঘুনাথ—তপনমিশ্রগী মচা নীপা রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য। ভিক্ষা মরক্তা কৎলি—[illegible] হুনিত্তা রঘুনাথ ভট্টাচার্য্যনা মথৎনা চাক থোংলগা প্রভুদা লুক (ভোগ) [illegible]।

তাঁর স্থানে রূপ গোসাঞি শুনেন ভাগবত
প্রভুর কৃপায় তিঁহো কৃষ্ণপ্রেমে মত্ত ॥ ১৫৬
এই মত সংখ্যাতীত চৈতন্যভক্তগণ।
দিঙ্মাত্র লিখি—সম্যক না যায় কথন ॥ ১৫৭
একৈক শাখাতে লাগে কোটি কোটি ডাল।
তার শিষ্য উপশিষ্য- তার উপডাল ॥ ১৫৮
সকল ভরিয়া প্রেম ফুল ফলে।
ভাসাইল ত্রিজগৎ কৃষ্ণ প্রেম জলে ॥ ১৫৯
একৈক শাখার শক্তি অনন্ত মহিমা।
সহস্র বদনে যার দিতে নারে সীমা ॥ ১৬০
সংক্ষেপে কহিল মহাপ্রভুর ভক্তবৃন্দ।
সমগ্র গণিতে নারে আপনে অনন্ত ॥ ১৬১

অর্থ :—

মাঙোন্দগী রূপ গোসাঞিনা ভাগবত তাই।
প্রভুগী কৃপানা মান্থ প্রেমা ময়াই কাই ॥ ১৫৬
অসুম্না চৈতন্যগী ভক্ত মশিং থীবা ঙমদে।
শয়ুম্না ইজবনি মপুংফানা খঙজদে ॥ ১৫৭
মসা অমদা মসা মচা কোটি কোটি লোংই।
মাগী শিষ্য, শিষ্যতুগী শিষ্য মায়া লোংই ॥ ১৫৮
পুম্নমক থম্না লৈ প্রেমগী মহৈ মরোংনা।
মরোল অহুম তাউহল্লে কৃষ্ণ প্রেমগী ঈশিংনা ॥ ১৫৯
মসা অমমমগী শক্তি মগুণ অঙকপনি।
চীন-লিশিং অমনা শীংথাবা ঙমদবনি ॥ ১৬০
মহাপ্রভুগী ভক্তখিবিক শুনা ইবা নত্তে।
অনন্তনা পুম্নমক শীংথাবা ঙম্মা নত্তে ॥ ১৬১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৫৭। প্রকাশানন্দ-সরস্বতী নচিংবা কাশীদা লৈবা লবোইবশিং প্রভুগী ভক্ত ওইরকহু লোইননা লৈত্তে হাইহনা মথোঙগী মখিংদি ইয়মতনায়ে হাইনা শীংই।

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৬২

অর্থ :—

শ্রীরূপ-রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজৈ কৃষ্ণদাসনা ॥ ১৬২

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি
খণ্ডে মুল স্কন্ধ—শাখাবর্ণনং নাম দশম পরিচ্ছেদঃ ॥ ১০

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি খণ্ডগী
মল্ল-মসা-মরেং শীংথাবা ভরাগুবা মতাং লোইজবে ॥ ১০

---

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত । আদি-লীলা

## তরামাথোইশুবা-মতাং

নিত্যানন্দদাম্ভোজভৃঙ্গান প্রেমমধুম্মদান।
নত্বাখিলান তেষু মুখ্যা লিখ্যন্তে কতিচিন্ময়া ॥ ১

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ ধন্য ॥ ১

অর্থ :-

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ ধন্য ॥ ১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

প্রেমকল্পতরুগী মউদগী অচৌব মসা অসি লোংথোবক্লি, মাহুগী অমনা শ্রীনিত্যানন্দনি অমসুং হৃতোপ্পা অতুনা শ্রীঅদ্বৈতনি। অচৌবা মসা ওইবা শ্রীনিত্যানন্দগী মসা মচা-মচা কযামুক লোংথারক্লি, মখোঙ্গী মতু (হৃ ঈদি নিত্যানন্দগী তুংইনবা ভক্তশিংগী) মরম মরা-মখোং মতাং অসিদা উচ্চবি।

শ্লো। ১ অন্বয়। প্রেমমধুম্মদান (মধুগী মশক ওইবা প্রেম চাবদা ময়াই কারবা) অখিলান (পুম্নমক) নিত্যান-পদাম্ভোজ ভৃঙ্গান (শ্রীনিত্যানন্দগী মখোং থম্বালগী খোইমুশিংবু) নত্বা (খুরুমজহুনা) তেষু মখোঙ্গী মনুংদা) মুখ্যা: (মরু-মরু ওইবা) কতিচিৎ (খরা) ময়া (ঐনা) লিখ্যন্তে (ইজরি)।

অনুবাদ। অমৃতনী মশক ওইবা প্রেম চাবদা (থকপদা) ময়াই কারবা শ্রীনিত্যানন্দগী চরণ-থম্বানগী খোইমু পুম্নমকপু খুরুমজহুনা মখোঙ্গী, মনুংদা মরু-মরু ওইবা ভক্ত খরগী মরা-মখোং ইজরি। ১

কবি-কবিরাজনা লাইরিক্তা পয়ার আসগী মহুক্তা অসুমা ইবা য়াওরি :—"জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য। তাঁহার চরণাশ্রিত যেই সেই ধন্য ॥ জয় জয় শ্রীঅদ্বৈত জয় শ্রীনিত্যানন্দ জয় জয় মহাপ্রভুর সর্ব্বভক্ত-বৃন্দ ॥"

তথাহি

তস্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসৎ প্রেমামরশাখিনঃ ।
উর্দ্ধ স্কন্ধাবধূতেন্দোঃ শাখারূপান গণান নুমঃ ॥ ২

শ্রীনিত্যানন্দ বৃক্ষের স্কন্ধ গুরুতর।
তাহাতে জন্মিল শাখা-প্রশাখা বিস্তর ॥ ২
মালাকারের ইচ্ছা-জলে বাড়ে শাখাগণ।
প্রেম-ফল-ফুল ভরি ছাইল ভুবন॥ ৩
অসংখ্য অনন্তগণ—কে করু গণন।
আপনা শোধিতে কহি মুখ্য মুখ্য জন॥ ৪

অর্থ :-

শ্রীনিত্যানন্দ উগী মক্ব ওইবা মসানি।
মাহুদা মসা মচা-মচা য়াম্না লোঙখিবনি ॥ ২
প্রভুগী পুক্লিংগী ঈশিংনা মসাশিং চাউহল্লী।
প্রেম পালহন্দুনা পৃথিবী শীনবা থুংহল্লী ॥ ৩
ভক্তশিং'তুবু কনানা মশিং লাকউগনি?।
মক্ক-মক ওইবা ভক্ত খবরা হাঙ্গবনি॥ ৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো ২। অন্বয়। তস্য (অদুম ওইবা) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসৎ প্রেম মর শাখিনঃ (মরেম্না শিবা লৈত্রবা উপাল ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী) উর্দ্ধ স্কন্ধাবধূতেন্দোঃ (অচৌবা মসা ওইবা অবধূতচন্দ্রগী—অচৌবা মসা ওইবা শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্রগী) শাখারূপান (মসা ওইবা) গণান (মতুং ইনবা ভক্তশিংবু) নুমঃ (খুরুমজবি)।

অনুবাদ। প্রেমকল্পবৃক্ষ ওইবা (শিবা লৈত্রবা উপাল ওইবা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অচৌবা মসা ওইবা অবধূত নিত্যানন্দচন্দ্রগী মস ওইব তু ইনবা ভক্তশিংবু খুরুমজরি। ২।

শ্রীনিত্যানন্দ-প্রভুগী তুংইনবাশিংবু শীংথাবা হৌরমদাইদা মখোঈনা কৃপা তৌবিনবগীদমক লাইরিক লেংলিবা গোস্বামীনা মখোঈদা খুরুমজবি।

২—৩। শ্রীনিত্যানন্দ অশিনচিংবা—শ্রীনিত্যানন্দ চন্দ্রনা কল্পবৃক্ষ ওইবা শ্রীচৈতন্যগী মক্ক ওইবা মসানি। মথক্তা হাঙ্গজখরে (১।৯।১৯ পযারদা) মউ পাশ্বীদগী মসা

শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি স্কন্ধ-মহাশাখা।
তাঁর উপশাখা যত—অসংখ্য তার লেখা॥ ৫

অর্থ :—

শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি মসাগা তাইনবনি।
মাঙোন্দগী লোঙথোকপা মসা লোইবা নাইদবনি॥ ৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

অনি লোংখি—শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং অদ্বৈতনি, মসা অচৌবা অনি অসিনা অতৈ মসা মচাদগী অংথোঙ্গবনি, অতৃদগী শ্রীঅদ্বৈত অচোর্য্যদগী শ্রীনিত্যানন্দনা মরূ ওইবনি অথোইবনি। অনিমক মরূদা ঈশ্বর তত্ত্ব ওইরবসু শ্রীনিত্যানন্দনা ( সঙ্কর্ষণগা ) শ্রীঅদ্বৈতগী ( কারণার্ণব শায়ীগী ) অংশীনি, মরম অতুনা হৌরককমদা খল্লুবদা শ্রীঅদ্বৈতদগী শ্রীনিত্যানন্দনা অথোইবনি। মাতুদা—শ্রীনিত্যানন্দদা মসা মচা মচা—মনাই, মনাইগী নাইথাংনচিংবা শ্রীনিত্যানন্দ-প্রভুগী মনাই, মনাইগী নাইথাং মথং মথং মসা লোঙথোকখিতুনা মশিং থীবা ঙমদবা ভক্ত পোকখরে। প্রভুগী—শ্রীমন মহাপ্রভুগী।

৫। শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি-শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী মচানি হাঙ্গনৈ, মসাগা তাইনবনি—মরূ ওইবা মসাগা তাইনবা অচৌবা মসা অমনি।

ভক্তিরত্নাকর কৌবা লাইরিকী মতাং ১২ দগী খণ্ডবা ঙম্মী, গৌরীদাস-পণ্ডিতকী মনাও সূর্য্যদাস পণ্ডিতনা বসুধা দেবীগা জাহ্নবী দেবীগা পোকই, শ্রীনিত্যানন্দদা লুহোংহনা থাজে। নিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীবসুধা দেবী-জাহ্নবী দেবী অনিবু পুতুনা খড়দহ কৌবা খুন্দা লৈবা হৌখি। তরাহুমদোই শুবা মতাংদা হাঙ্গমী, জাহ্নবীমাতা-গোস্বামিনীগী রাথন্দগী রাজবনহাটকী মনাক্তা লৈবা 'ঝামটপুর' খুন্দা লৈবা যদুনন্দন আচার্য্যগী মচা নুপী শ্রীলক্ষ্মী অমসুং শ্রীনারায়ণী কৌবী অনি অসি শ্রীনিত্যানন্দগী মচা শ্রীবীরচন্দ্রদা লুহোংই। শ্রীবীরচন্দ্রদি বসুধা মাতানা পোকপনি। শ্রীমন্নিত্যানন্দগী শ্রীগঙ্গা কৌবী মচা নুপী অমত্ত্ব লৈরম্মী।

শ্রীবীরভদ্র প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদা লেঙবা মতমদা মফম-অতুগী বৈষ্ণবশিংনা মাবু "নিত্যানন্দ বলদেবগী মচা" ওইনা খল্লহনা য়াম্না নুনা তৌহনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। ভক্তি রত্নাকরগী তরামরিশুবা মতাংদগী খণ্ডবা ঙম্মী, বীরভদ্রপ্রভুগী মচা অহুম লৈরম্মী। মচা অহুম্না গোপীজন বল্লভ, য়াইমনা রামকৃষ্ণ, অতোনবনা রামচন্দ্র কৌই; প্রেম ভক্তি লৈবা

ঈশ্বর হইয়া কহায় মহাভাগবত।
বেদধর্ম্মাতীত হৈয়া বেদধর্ম্মে রত॥ ৬
অন্তরে ঈশ্বরচেষ্টা বাহিরে নির্দ্দম্ভ।
চৈতন্যভক্তিমণ্ডপে তেঁহো মূলস্তম্ভ॥ ৭
অদ্যাপি যাঁহার কৃপা মহিমা হইতে।
চৈতন্য নিত্যানন্দ গায় সকল জগতে॥ ৮
সেই বীরভদ্রগোসাঞির লইনু শরণ।
যাঁহার প্রসাদে হয় অভীষ্টপূরণ॥ ৯

অর্থ :—

ঈশ্বর ওইবা মরম্মা 'মহাভাগবত' কৌই।
বেদধর্ম্ম হাংমা ওইরগা বেদধর্ম্ম ঙাকই॥ ৬
মনুংদা ঈশ্বর শক্তি লৈ মপান্দা নোম্‌কই।
চৈতন্যভক্তিমণ্ডপ্‌তা মানা যুম্বী মরু ওই॥ ৭
মাগী কৃপা মগুণশীনি হৌজিক ফাওবদা।
চৈতন্য-নিত্যাই হাঈনরিব'সি জগৎ'সিদা॥ ৮
অদুম ওইবা বীরভদ্র গোসাঞিদা চংজরি।
মহাক্কী কৃপাদগী নীংজবা থুংনরি॥ ৯

---

## গৌর-কৃপা টীকা

ঙাক্ললনি। গৌরগণোদ্দেশদীপিকাদা ইরি, দ্বাপর লীলাদা শ্রীবসুধা অমসুং শ্রীজাহ্নবী-দেবী মথংশিংগা শ্রীবারুনী অবসুং শ্রীরেবতী ওইরম্মী। মসা অচৌবদি য়েংবদা মউগা মান্ননা উই। শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগা ঈশ্বর তত্বনি হাঈদুনা মউমক নত্রবসু মউ-গুম্বনি। শ্রীবীর-ভদ্র প্রভুসু ঈশ্বর তত্বনি; মরম অদুনা মহাকসু ভক্তিকল্প বৃক্ষগী ১তোগুম্না মপাক্কল কনববনি; মরম অদুনা মহাকপু মউনি হাঈনা শীংথাবা য়াই; অদুম ওইনমক মউগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দগী থোয়কপা মসা ওইবনা মহাকপু মউনি হাঈনা শীংথাদ্রে মসা নিংসু হাঈরে, অদুম ওইনমক মউ ওইনা শীংথাবদা মতিক চারে হাঈদুনা মহাকপু "স্কন্ধ মহাশাখা" মউগুম্বা হাঈনা লৌনরে। পয়ার ৫ দগী ৯ ফাওবা বীরভদ্র গোস্বামী-গী মরী-মথোং শীংথাজরি।

৬-৯। ঈশ্বর তত্ত্ব ওইরবসু শ্রীবীরভদ্র গোস্বামী ভক্ত অমনি হাঈনা লৌরে।

শ্রীরামদাস আর গদাধরদাস।
চৈতন্যগোসাঞিির ভক্ত, রহে তাঁর পাশ॥ ১০

অর্থ :-

রামদাস অমসুং গদাধরদাস অনি।
চৈতন্যগী মনাক্তা লৈরবা ভক্তনি॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ঈশ্বর—পয়োব্ধি-শায়ী নারায়ণ (অহুম শুবা নীপা অবতার ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণু) সঙ্কর্ষণগী ব্যূহ-অংশ কনা অমনি, অমসুম ওইবা পয়োব্ধিশায়ীনা শ্রীবীরভদ্র ওইনা অবতার ওই, মহাক শ্রীচৈতন্যগা খেন্নদবা বিগ্রহনি। মরম অদুনা মহাক ঈশ্বর তত্ত্বনি। "সঙ্কর্ষণস্য যো ব্যূহঃ পয়োব্ধিশায়ী নামকঃ। স এব বীরচন্দ্রোহভূৎ চৈতন্যাভিন্নবিগ্রহঃ॥ গৌরগণোদ্দেশ। ৬৭॥"

মহাভাগবত—মহাক্কী লমচৎ অদু উবগা মীনা মাবু মহাভাগবত কৌই। মহাক ঈশ্বর তত্ত্ব ওইরবসু ভক্তগী লমচৎ চৎলি, মহাক্না ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা অদুদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মপান্দা পুথোক্কে। বেদধর্ম্মগী রা মনচিংবা—মহাক্কী হৌকমদি ঈশ্বরতত্ত্বনি হায়গুনা বেদধর্ম্মগী রাংমনি, তোইগুম্বসু অদুম ওইনমক মহাক্না বেদধর্ম্ম ঙাক্না চংলি। বেদধর্ম্ম—বেদগী হৌন বিধি-নাইশ্বাদে হায়বনচিংবা। কনা-কনাগুম্বনা হায়রি, হৌকমদা ঈশ্বরতত্ত্ব ওইরবসু ভক্ত মচং-মতৌ তেংহ হায়গুনা অমসুং বেদগী হৌনবী বিধি ঙাকই হায়গুনা শ্রীবীরভদ্র গোস্বামীবু ভক্তি-কল্পবৃক্ষগী মউ হায়দগুনা মসা ওইনা শীথারে। শ্রনিত্যানন্দদি ভক্তিকল্পবৃক্ষগী মউদগী লোংবামসা অচৌবা অমনি, শ্রীবীরভদ্র গোস্বামীনা মসা অচৌব অংদগী তোকপনি (মচা ওই) হায়গুনা মহাকপু মসা ওইনা শীংথারে

মনুংদা ঈশ্বর শক্তি লৈরনচিংবা। মহাক্না ভক্তগী পুক্নিং পুকচেন পায়জে হায়গুনা মপান্দা তোঙ্গবা চৎপা মোলকপা উৎপনচিংবা তৌরবসু মমুংদদি ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা মরম্না মহাক্না শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভক্তিমণ্ডপকা মক ওইবা যুগ্মী ওই; মহাপ্রভুনা জগত্তা ভক্তি শন্দোকপিবা থাংস পেঙদনা মরাক্কেন, লৈননবগী মরমদা শ্রীবীরভদ্র গোস্বামীনা মক্ত ওইনা তেংবাঙঙা

চৈতন্যনিত্যাইনচিংবা—শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দগী নাম-গুণচিংবা শক শোয়রিবা অসি।

১০-১২। শ্রীরামদাস অমসুং শ্রীগদাধরদাস অনি অসি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী লোইনবা ওইরবসু—শ্রীনিত্যানন্দবু নীলাচলদগী মহাপ্রভুনা প্রেম শন্দোক্নবগীদমক গৌড় দেশতা

নিত্যানন্দে আজ্ঞা দিল যবে গৌড়ে যাইতে।
মহাপ্রভু এই দুই দিলা তাঁর সাথে।। ১১
অতএব দুই-গণে দোঁহার গণন।
মাধব-বাসুদেব-ঘোষের এই বিবরণ।। ১২
রামদাস মুখ্যশাখা সখ্য প্রেমরাশি।
ষোল-সাঙ্গের কাষ্ঠ সেই তুলি কৈল বাঁশী।। ১৩
গদাধরদাস গোপীভাবে পূর্ণানন্দ।
যাঁর ঘরে দানকেলি কৈল নিত্যানন্দ।। ১৪
শ্রীমাধবঘোষ মুখ্য কীর্তনীয়াগণে।
নিত্যানন্দপ্রভু নৃত্য করে যার গানে।। ১৫
বাসুদেব গীতে করে প্রভুর বর্ণনে।
কাষ্ঠ-পাষাণ দ্রবে যাহার শ্রবণে।। ১৬

অর্থ :—

গৌড়দা চৎনবা নিত্যাইদা প্রভুনা যাথং পী।
মহাপ্রভুনা ভক্ত অনিসি মাংগন্দা পী ।। ১১
মরম অসিনা অনিসি কাবু অনিদা লৈ।
মাধব-বাসুদেব ঘোষসু কাবু অনিদ লৈ। ১২
রামদাস মক্ক ওইবা মনাইনি মরূপকী প্রেম ওই।
মী পাবাং তরাতকক্পা থাংনা উশন বাঁশী ওই।। ১৩
গদাধরদাস মপুং ফা। গোপী ভাবনি।
মাগী যুমদা দান-লীলা তৌরম্মি নিত্যানন্দনি। ১৪
শ্রীমাধব ঘোষ মক্ক ওইবা কর্তনীয়ানি।
মাগী ইশৈদা নিত্যানন্দনা জগোই শাবা।। ১৫
বাসুদেবনা প্রভুগী লীলা লেংহৌনা শকই।
মাহু তাবদা চুংউ ফাংবা শোঁদোনই।। ১৬

---

গৌর-কৃপা লেশ।

থাবা মতম অদুদা, মহাপ্রভুনা মখোঙ্গী অনিবুসু নিত্যানন্দগী মতুং ইন্দুনা গৌড়দেশতা চৎননবা য়াথং পীদুনা চৎহল্লী; মসিদগী হৌদুনা মখোঙ্গী অনিমসি নিত্যানন্দগী কাংবুগীসু মমুং চল্লী হাঙ্গনা খঙনখরে, মতৌ অসুম তোত্তুনা মহাপ্রভুগী কাংবুদসু মখোঙ্গী মমিং লৈ, নিত্যানন্দগী কাংবুদসু মখোঙ্গী মমিং লৈ। শ্রীমাধব ঘোষ অমসুং বাসুদেব ঘোষকী মমিংসু মতৌ অসুম তোনা কাংবু অনিমক্তা লৈনা ওই।

১৩-১৬। মসিগী পয়ার অহুমদা উৎলিবা রামদাস, গদাধর, মাধব ঘোষ অমসুং বাসুদেব ঘোষকী মহী-মখোং পীজরি।

মুরারি চৈতন্য দাসের অলৌকিক লীলা।
ব্যাঘ্রগালে চড় মারে, সর্প-সনে খেলা॥ ১৭
নিত্যানন্দের গণ যত সব ব্রজের সখা।
শৃঙ্গ বেত্র গোপবেশ শিরে শিখি পাখা॥ ১৮

অর্থ:—

মুরারি চৈতন্যদাসকী লীলাদি অঙকপনি।
লিনগা শাম্নে কৈগী চৃবাদা খুবাক্লা থাবনি॥ ১৭
নিত্যানন্দগী কাংবু মথৈ ব্রজগী মরূপশি।
শিঙ্গা লীচৈ কোক্তা চূডা যণশেন-ফিজেৎ লেংপনি॥ ১৮

## গৌর-কৃপা-টীকা

মীপাবোং তরাতরুক্লা অসিনচিংবা—পয়ার ১।১০।১১৪ গী টীকাদা য়েংবিয়ু। গদাধরদাসনচিংবা—পয়ার ১।১০।৫১ গী টীকাদা য়েংবিয়ু। ব্রজলীলাদা গদাধরদাস অসি শ্রীরাধাগী বিভূতি মশক ওইবী চন্দ্রকান্তি সখী ওইরম্মী (গৌরগণোদ্দেশ ১৫৪); মরম অদুনা নবদ্বীপ লীলাদসু মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা গোপী ভাব-তা ওইদুনা লৈ। শ্রীলগদাধরদাসকী মযুমদা মতম অমদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা দানখণ্ড-লীলা শান্নবদা জগোই শাখি। শ্রীচৈতন্যভাগবত। অন্ত্যখণ্ড মঙাশুবা অধ্যায়।

১৭। মুরারি চৈতন্যদাস—শ্রীল মুরারি পণ্ডিতকী অচোম্বা মমিং অমদি চৈতন্যদাস কৌই। "মুরারি পণ্ডিতপু শ্রীচৈতন্যদাস কৌবা মতিক চাঈ। শ্রীচৈতন্য ভাগবত অন্ত্যখণ্ড মঙাশুবা অধ্যায়দা মুরারি পণ্ডিত অসি চৈতন্যগী মনাইনি হায়না মমিং চংলবনি। শ্রীচৈতন্য ভাগবত অন্ত্যখণ্ড তরুক শুবা অধ্যায়।" কৃষ্ণ প্রেমদা মুনখিদুনা (পুক্লিং চংখিদুনা) মপানগী জ্ঞান মাঙখিদুনা মহাক্না কমি কম্নিশুবা মতমদা লিন অমসুং কৈগা লোঈননা শান্নে; লিন অমসুং কৈনচিংবা অসি হিংসা তৌবা (মীবু হাত্তোকপা ঙম্বা) ওইববসু মাঙোন্দদি কমিসু কত্তনবা মাঙননবা তৌদে। "শ্রীচৈতন্যদাসনা মপানগী জ্ঞান লৈত্রবদা কৈ ভানবা চংলী অঙকপা বোনগী মসুংদা॥ কমিশুন্দা কৈগী মনজন্দা তোংই। কৃষ্ণগী কৃপানা কৈ অহু চেনবা ওমদে, যাই॥ মহা অজগর কৌবা লিন অহু ভম্নপাক্না পমই। চৈতন্যদাসনা অকিবা লৈতনা হয়াওই॥ শ্রীচৈতন্য ভাগবত অন্ত্যখণ্ড মঙাশুবা অধ্যায়।"

১৮। শিঙ্গা—চীম খোংনবা পোংশক অমা। লীচৈ—[illegible]। চূডা—[illegible] মচুগী চূডা। শ্রীনিত্যানন্দগী লোঈনবশিং অসি ব্রজ লীলাদা ব্রজগী [illegible]

রঘুনাথ বৈদ্য উপাধ্যায় মহাশয়।
যাঁহার দর্শনে কৃষ্ণ প্রেম ভক্তি হয়॥ ১৯
সুন্দরানন্দ নিত্যানন্দের শাখা ভৃত্য মর্ম্ম।
যাঁর সঙ্গে নিত্যানন্দ করে ব্রজ ধর্ম্ম॥ ২০
কমলাকর-পিপ্পলাইর অলৌকিক চরিত।
অলৌকিক প্রেম তাঁর ভুবনে বিদিত॥ ২১

অর্থ :—

রঘুনাথ বৈদ্য উপাধ্যায় মহাশয় মাবু।
উজবদা কৃষ্ণ প্রেম ভক্তি পোংহল্লী মীবু॥ ১৯
সুন্দরানন্দ নিত্যানন্দগী অচানবনি।
মপু-মনাই ভিন্নরগা ব্রজ ভাব শান্নবনি॥ ২০
কমলাকর-পিপ্পলাই অঙকপা মতৌনি।
মহাক্কী অঙকপা প্রেম অগাৎনা খঙনবনি॥ ২১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

ওইরম্মী ; নবদ্বীপ লীলাদগ্ নখোঙনা শিঙা-লৈচৈ-র হোংনতুনচিংবনা ব্রঙগী যনশে মহাগী ফিজেং শেত্তুনা শান্নে।

২০। ব্রজভাব- ব্রজদা ভৌথিবা লীলা মরাম অহু নী হুনা

২১। মথক্কী নীপান শুবা মতাংগী মরিক্তবা শ্লোক্কী টীকাদা উৎখবে- প্রেম্না ফাওরক্লবদি পুম্নমক্কী থমোই শোঁদোকই, অয়াম্বনা মিত্তগী পি শিন্থরক্তুনা সাত্ত্বিক বিকার (খুদম) সু মপান্দা কোংদোরকই ; তৌইগুমস্স্ কনা-কনাগুম্বা থমোই চেৎপা (গম্ভীর প্রকৃতি) ভক্তগী মমিত্তা পি শিন্থবা উদে। কমলাকরদি য়াম্না থমোই চেৎপা ভক্ত ওইরম্মী, মাগী থমোই অহু শোঁদোক্লবস্থ মমিত্তগী মপি অতু শিন্থরক্তে ; মমম অচুনা য়াম্না কোম্বগী মাখন্দা মহাক্কা মশাবু য়াম্না থমোই কল্লী হাইনা নীংই। হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন ভাবদা চুং কাওবা শোঁদোকই, পুম্নমক্কী মমিত্তগী পি শিন্থরকই,—তৌই-থমুমুং মহাক্কী মমিত্তদি পি ভারক্তে ইকং-কংনা লৈরে হাঙ্গৈদুনা, নুংদগী ক্রেম্না কহুবা মঙ্গিং অহুবু বারক্তে (লঙ্কি লীগে) হাঙ্গৈবগীদমক মহাক্ক তোংমদি মহাক্কী মিং অহুদা

সূর্য্যদাস সরখেল, তাঁর ভাই কৃষ্ণদাস।
নিত্যানন্দে দৃঢ়বিশ্বাস প্রেমের নিবাস॥ ২২
গৌরীদাস পণ্ডিত যাঁর প্রেমোদ্দণ্ড ভক্তি।
কৃষ্ণপ্রেম দিতে নিতে ধরে মহাশক্তি॥ ২৩
নিত্যানন্দে সমর্পিল জাতিকুলপাঁতি।
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ করি প্রাণ পতি॥ ২৪

অর্থ :—

সূর্য্যদাস সরখেলগী মনাম্বা কৃষ্ণদাসনি।
নিত্যানন্দবু য়াম্না থাজে প্রেমগী তুমকম্নি॥ ২২
গৌরীদাস পণ্ডিতকী ভক্তিদি প্রেমোদ্দণ্ডনি।
কৃষ্ণ প্রেম লোব-পীবদা মহাশক্তি লৈবম্নি॥ ২৩
কংলে শাগৈগী মচা মুপীবু নিত্যানন্দদা।
প্রাণপতি ওইরে শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দদা॥ ২৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মোরোক মরুপ নোইশিন্দুনা পি তাহনখি। মরম অহুদগী মহাপ্রভুনা মহাকী মমিং অসি পিম্নলাই হাঙনা থোনখরে; অহুদগী হৌনা মহাক অসি কমলাকর-পিপ্পলাই হায়না মমিং চংখরে।

২২। সূর্য্যদাস সরখেল- গৌরীদাস পণ্ডিতকী মনাওনি, 'সরখেল' হায়বা অসিনা কমগী মমিংনি। সরখেল হায়বা অসি যাবনিক লোন্নি—মাসি গৌড়েশ্বরনা পীবা কম অমনি। শ্রীনিত্যানন্দদি লাইনীংবনি; মাহুদা য়াম্না থাজরকহুনা শাগৈগী হৌনবী বিচায় ইধি-থিরনা সূর্য্যদাস সরখেলনা মাগী কন্যা মচানুপী অনি- বসুধা অমসুং জাহ্নবী দেবীবু নিত্যানন্দ প্রভুগী মথ্যাতা কংলম্মী। ১। ১১। ৫ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

২৩—২৪। কালনাগী মনাক্তা লৈবা অম্বিকাদা মহাকী লৈংকম্নি। ব্রজগী সুবল সখানা গৌরীদাস পণ্ডিত ওইরবনি। প্রেমোদ্দণ্ড ভক্তি—কৃষ্ণদা প্রেম লৈবা অমু উদ্দণ্ডা ভক্তি ওইনা লৈ; (শাসনগী—ভাক্রবগী দমক) চৈ অমা পাঙিহুনা বাংনা থাজবুনা ভক্তিগা লোঙননা লৈবা, মাহুগী মমিং উদ্দণ্ডা ভক্তি কৌই। খুংতা চৈ অচৌবা অমা পাঙিহুনা বাংনা থাজবুনা লৈবা অমু উরগা কত্তবা মীশিংনা কিহুনা চেনখি, গৌরীদাস পণ্ডিত প্রেমা-মত্ত য়াম্না হৈফ, মৃগাঙ্গল য়াম্না কন্নী, মহাক্না চৈ পাঙিহুনা লৈবা অমু উবগা কত্তবা

নিত্যানন্দ-প্রিয় অতি পণ্ডিত পুরন্দর।
প্রেমার্ণবমধ্যে ফিরে যৈছন মন্দর॥ ২৫

অর্থ :—

পণ্ডিত পুরন্দরবু য়াম্না নুংশিজৈ নিত্যাইনা।
প্রেমসমুদ্রদা মন্দরচীংনা নৈবগুম্না॥ ২৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

মী অমতা চংলকপা ওমদে ; অদুনা মহাক্কী ভক্তি অসিবু প্রেমোদ্দণ্ড ভক্তি হায়না কৌই। কৃষ্ণ প্রেম লৌবা শীক্তানচিংবা—কৃষ্ণপ্রেম লৌশিন্নবদা হৈ-শিংবা শক্তি লৈবা অদুগুম্না অতোপ্পা মীদা প্রেম পীবদসু গৌরীদাস পণ্ডিতকী শক্তি য়াম্না লৈরম্মী। হায়বদি মহাক্কী অঙকপা প্রেম-শক্তি লৈ। কথলে নিত্যানন্দদানচিংবা—সমাজকী মনুংদা জাতিগী চংনবী নিয়ম কয়ামুক লৈ, অদুগুম্বা নিয়মশিং অদু থোশাদনা অবধূত (লাইনীংবা)-নিত্যানন্দদা মহাক্কী মনাওনা পোকপা মচা অনিবু বসুধ-জাহ্নবীবু লুহোংদুনা কৎলম্মী ; শ্রীনিত্যানন্দদি লাইনীংবা (অবধূত) ভক্ত অমা ওইরম্বা অদুনা মহাক্কী শাগৈ-নাতৈগী চংনবী বিচার করিসু থিখিদ্রে ; গৌরীদাস-পণ্ডিতকী মতৌগুম্বা সমাজগী চংনবীগী মনুংচন্দুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী মফমদদি নিত্যানন্দদা কন্যা লুহোংদুনা কৎপা হায়বা অসি মতম অদুগী সমাজনা চংনদে য়ারমদে, সমাজনা চংনদবা অসিবু উশিন্নদনা নমদুনা তৌরম্মবদি মহাক অদু সমাজনা তিন্নদে, কবিগুম্বা উসব চাব-থকপা মতমদা মাবু থাইগী পরেংদা ফমহল্লে, থাইগা চামিন-থকমিন্নবা তৌদে, সমাজনা মাবু অরাবা পীবা অদু থাওবা তারে। গৌরীদাস পণ্ডিতনা সমাজগী চংনবী পুম্নমক অসি ইকি-কিদনা শ্রীনিত্যানন্দদা কন্যা বসুধা-জাহ্নবী অনিবু কৎলম্মী।

২৫। মন্দরচীং—থাইনা মমাংতৌদা লাইথিবিক্কা হিংচাবাশিংগা কাংবু অনিনা 'মন্দর' কৌবা চীং অদুনা চৈ ওইরগা সমুদ্রবু নৈরম্মী। পুরন্দর পণ্ডিততি প্রেম সমুদ্র নৈবদা মন্দর চীংগী মতৌগুম্বনি। রামচংদি অশিনি—সমুদ্র মনুংদা মন্দর-চীংনা চক চক লৈদুনা নৈরকপদা অমৃতনচিংবা পোং য়াম্না থোকখি, অদুগুমদুনা কৃষ্ণপ্রেম সমুদ্রদা পুরন্দর পণ্ডিতনা নৈবদা (হায়বদি কৃষ্ণলীলাগী ময়মদা মহাকা রারী-রাতাই শানবদা) অরু-অরবা চীম্না হাংদোকফম থওদবা প্রেম রস অঙকপা য়াম্না পোক্লকই। চাওরাকপা *অমাদি পণ্ডিত পুরন্দর অসি মতম লৈযাথিবিক্কা প্রেমদা লুপ্তুনতা লৈ হায়বনি, অদুনা নিত্যানন্দনা মাবু "নুংশিজে।

পরমেশ্বরদাস নিত্যানন্দৈকশরণ।
কৃষ্ণভক্তি পায়—তাঁরে যে করে স্মরণ॥ ২৬
জগদীশ পণ্ডিত হয় জগত-পাবন।
কৃষ্ণপ্রেমামৃত বর্ষে যেন বর্ষাঘন॥ ২৭
নিত্যানন্দ-প্রিয়-ভৃত্য পণ্ডিত ধনঞ্জয়।
অত্যন্ত বিরক্ত সদা কৃষ্ণ প্রেমময়॥ ২৮
মহেশ পণ্ডিত ব্রজের উদার গোয়াল।
ঢক্কাবাদ্যে নৃত্য করে প্রেমে মাতোয়াল॥ ২৯
নবদ্বীপে পুরুষোত্তমপণ্ডিত-মহাশয়।
নিত্যানন্দ নামে যাঁর মহোন্মাদ হয়॥ ৩০
বলরামদাস কৃষ্ণপ্রেমরসাস্বাদী।
নিত্যানন্দ নামে হয় পরম উন্মাদী॥ ৩১

অর্থ :—

পরমেশ্বরদাস নিত্যানন্দদা চংজবনি।
মাবু নীংশিংজবদা কৃষ্ণভক্তি ফংবনি॥ ২৬
জগদীশ পণ্ডিত জগৎ লানবিবা ওয়বনি।
নোংচুবগুম্না কৃষ্ণপ্রেমামৃত চুবনি। ২৭
পণ্ডিত ধনঞ্জয় নিত্যানন্দগী অচানবনি।
মতম লৈবা খিবিক্তা কৃষ্ণপ্রেমদা তাউরিবনি॥ ২৮
মহেশ পণ্ডিত ব্রজগী থৌজাল হৈবা গোয়ালনি।
প্রেমনা তাওত্না খোল য়ৈন-য়ৈনা জগোই শাবনি॥ ২৯
পুরুষোত্তম পণ্ডিত নবদ্বীপ্তা লৈবনি।
নিত্যানন্দগী মমিং পোনবদা তাওরিবনি॥ ৩০
বলরামদাস কৃষ্ণপ্রেম রস পামজবনি।
নিত্যানন্দগী মমিং তাবদা তাওবনি॥ ৩১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

২৭ নোংচুবগুম — নোংজু থানা নোংনা অতংপা লৈতনা তাই, অদুগুম্না জগদীশ পণ্ডিতন্নু মী পুম্নমক্কী মফমদা প্রেমগী নোং চুখিবি (হায়রিবদি প্রেম পীবি)।

মহাভাগবত যত্নুনাথ কবিচন্দ্র।
যাঁহার হৃদয়ে নৃত্য করে নিত্যানন্দ॥ ৩২
রাঢ়ে জন্ম যাঁর কৃষ্ণদাস দ্বিজবর।
শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্রের তিঁহো পরম কিঙ্কর॥ ৩৩
কালা কৃষ্ণদাস বড় বৈষ্ণব প্রধান।
নিত্যানন্দচন্দ্র বিনু নাহি জানে আন॥ ৩৪
শ্রীসদাশিব কবিরাজ বড় মহাশয়।
শ্রীপুরুষোত্তমদাস তাঁহার তনয়॥ ৩৫
আজন্ম নিমগ্ন নিত্যানন্দের চরণ।
নিরন্তর বাল্যলীলা করে কৃষ্ণসনে॥ ৩৬
তাঁর পুত্র মহাশয় শ্রীকানু ঠাকুর।
যাঁর দেহে রহে কৃষ্ণ প্রেমামৃত পুর॥ ৩৭

অর্থ :—

যত্নুনাথ কবিচন্দ্র মহাভাগবতনি।
মাগী থমোইদা নিত্যাইনা জগোই শারিবনি॥ ৩২
কৃষ্ণদাস কৌবা ব্রাহ্মণ রাঢ় খুন্দা পোকপনি।
মহাক শ্রীনিত্যানন্দগী অচানবা মনাইনি॥ ৩৩
কালা কৃষ্ণদাস য়াম্না অথোইবা বৈষ্ণবনি।
শ্রীনিত্যানন্দ নত্তনা অতৈ খঙদবনি॥ ৩৪
শ্রীসদাশিব কবিরাজ অচৌবা মহাশয়নি।
মহাকী মচানি শ্রীপুরুষোত্তমদাসনি॥ ৩৫
পোকপদগী নিত্যাইগী চরণদা লুপ্লবনি।
কৃষ্ণগা লোইননা অঙাং-লীলা শান্নবনি॥ ৩৬
শ্রীকানু ঠাকুর মহাশয় মাগী মচানি।
মাগী মশাদা কৃষ্ণপ্রেমা থম্মা লৈবনি॥ ৩৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৪। শ্রীমন মহাপ্রভুনা ভারতকী থাথবা মাইকৈদালেঙবা মতমদা কালা কৃষ্ণদাসনা থৌগল্লী।

মহাভগবত শ্রেষ্ঠ দত্ত উদ্ধারণ।
সর্ব্বভাবে সেবে নিত্যানন্দের চরণ॥ ৩৮
আচার্য্য বৈষ্ণবানন্দ ভক্তি অধিকারী।
পূর্ব্বে নাম ছিল যাঁর রঘুনাথপুরী॥ ৩৯
শ্রীবিষ্ণুদাস, নন্দন, গঙ্গাদাস তিন ভাই।
পূর্ব্বে যাঁর ঘরে ছিলা নিত্যানন্দ গোসাঞি॥ ৪০
নিত্যানন্দভৃত্য পরমানন্দ উপাধ্যায়।
শ্রীজীব পণ্ডিত নিত্যানন্দ-গুণ গায়॥ ৪১
পরমানন্দ গুপ্ত কৃষ্ণভক্ত মহামতি।
পূর্ব্বে যাঁর ঘরে নিত্যানন্দের বসতি॥ ৪২
নারায়ণ, কৃষ্ণদাস, আর মনোহর।
দেবানন্দ-চারিভাই নিত্যাই কিঙ্কর॥ ৪৩
বিহারী কৃষ্ণদাস নিত্যানন্দ প্রভু-প্রাণ।
নিত্যানন্দপদ বিনু নাহি জানে আন॥ ৪৪

অর্থ :—

উদ্ধারণ-দত্ত অথোইবা মহাভাগবতনি।
শ্রীনিত্যানন্দগা সেবা তত্তনা তৌবনি॥ ৩৮
আচার্য্য বৈষ্ণবানন্দ ভক্ত অধিকারী।
হান্নদা মমিং কৌবম্মী রঘুনাথপুরী॥ ৩৯
শ্রীবিষ্ণুদাস, নন্দন, গঙ্গাদাস মচিন-মনাওগী।
নিত্যানন্দ গোসাঞি লৈরম্মী য়ুমদা মখোইগী॥ ৪০
পরমানন্দ উপাধ্যায নিত্যানন্দগী মনাই ওই।
নিত্যানন্দগী গুণ শ্রীজীব পণ্ডিতনা শকই॥ ৪১
পরমানন্দ গুপ্ত কৃষ্ণভক্ত অমনি।
মমাংহৌদা মাগী য়ুমদা নিত্যাই লৈরম্বনি॥ ৪২
দেবানন্দ নারায়ণ কৃষ্ণদাস মনোহর'সি।
নিত্যানন্দগী মনাইনি মখোই মরি'সি॥ ৪৩
বিহারী কৃষ্ণদাস নিত্যানন্দ প্রভুগী প্রাণ্নি।
নিত্যানন্দ নত্তনা অতৈ খঙজদবনি॥ ৪৪

নকড়ি মুকুন্দ সূর্য্য মাধব শ্রীধর।
রামানন্দ বসু জগন্নাথ মহীধর ॥ ৪৫
শ্রীমন্ত গোকুলদাস হরিহরানন্দ।
শিবাই নন্দাই অবধূত পরমানন্দ ॥ ৪৬
বসন্ত নবমী হোড় গোপাল সনাতন।
বিষ্ণাই হাজরা কৃষ্ণানন্দ সুলোচন ॥ ৪৭
কংসারিসেন রামসেন রামচন্দ্র কবিরাজ।
গোবিন্দ, শ্রীরঙ্গ, মুকুন্দ তিন কবিরাজ ॥ ৪৮
পীতাম্বর মাধবাচার্য্য দাস দামোদর।
শঙ্কর মুকুন্দ জ্ঞানদাস মনোহর ॥ ৪৯
নর্ত্তক গোপাল রামভদ্র গৌরাঙ্গদাস।
নৃসিংহ চৈতন্যদাস মীনকেতন রামদাস ॥ ৫০
বৃন্দাবনদাস-নারায়ণীর নন্দন।
চৈতন্যমঙ্গল যেঁহো করিলা রচন ॥ ৫১

অর্থ :—

নকড়ি মুকুন্দ সূর্য্য মাধব শ্রীধর।
রামানন্দবসু জগন্নাথ মহীধর। ৪৫
শ্রীমন্ত গোকুলদাস হরিহরানন্দ।
শিবাই নন্দাই অবধূত পরমানন্দ ॥ ৪৬
বসন্ত নবমী হোড় গোপাল সনাতন।
বিষ্ণাই হাজরা কৃষ্ণানন্দ সুলোচন ॥ ৪৭
কংসারিসেন রামসেন রামচন্দ্র কবিরাজ।
গোবিন্দ শ্রীরঙ্গ মুকুন্দ-অষ্টম কবিরাজ ॥ ৪৮
পীতাম্বর মাধবাচার্য্য দাস দামোদর।
শঙ্কর মুকুন্দ জ্ঞানদাস মনোহর ॥ ৪৯
নর্ত্তক গোপাল রামভদ্র গৌরাঙ্গদাস।
নৃসিংহ চৈতন্যদাস মীনকেতন রামদাস ॥ ৫০
বৃন্দাবনদাস—নারায়ণীর মচ সি।
যানা লেখেনি চৈতন্যমঙ্গল অসি ॥ ৫১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৫১। চৈতন্যমঙ্গল—শ্রীচৈতন্যভাগবত। ১।৮।২৯ পয়ারের টীকা দ্রষ্টব্য।

ভাগবতে কৃষ্ণলীলা বর্ণিলা বেদব্যাস।
চৈতন্যলীলাতে ব্যাস-বৃন্দাবন দাস ॥ ৫২
সর্ব্বশাখা শ্রেষ্ঠ শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি।
তাঁর উপশাখা যত তার অন্ত নাই ॥ ৫৩
অনন্ত নিত্যানন্দ-গণ কে করু গণন।
আত্মপবিত্র হেতু লিখিল কথোজন ॥ ৫৪
এই সর্ব্বশাখা পূর্ণ পক্ব-প্রেমফলে।
যারে দেখে তারে দিয়া ভাসাইল সকলে ॥ ৫৫
অনর্গল প্রেমা সভার চেষ্টা অনর্গল।
প্রেম দিতে কৃষ্ণ দিতে ধরে মহাবল ॥ ৫৬
সংক্ষেপে কহিল এই নিত্যানন্দ-গণ।
যাঁহার অবধি না পায় সহস্র বদন ॥ ৫৭

অর্থ :—

ভাগবত্তা কৃষ্ণলীলা লেংই বেদব্যাসনা।
চৈতন্যলীলাদা ব্যাস ওই বৃন্দাবন দাসদা ॥ ৫২
অথোইবা মসানি শ্রীবীরভদ্র গোসাঞিনা।
মশিং লাকপা ওগা নত্তে মাগী মসা-মরেংনা ॥ ৫৩
নিত্যানন্দ কাংবুবু কনানা শীংথাগনি।
পুকচেন শেংবা মী খরা মকম ইজ্ঞরবনি ॥ ৫৪
মসা পূম্নক অমুনবা প্রেম মহৈনা থল্লে।
উরু-উরুবা মী অদু প্রেমদা তাউহল্লে। ৫৫
সভাগী প্রেম অসি পোবোল লোনবা লৈত্রবনি।
প্রেম পীনা কৃষ্ণ পীবদা পাঙ্গল য়াম্না কনবনি ॥ ৫৬
নিত্যানন্দগী কাংবু হাঙ্গিজরে শম্নপা।
লোইনবা শীংথাবা উমদে মঈ লিশিং অমনা ॥ ৫৭

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৫৩। শ্রীনিত্যানন্দগী মচা অমচুং পয়োব্ধিশায়ীগী অবতারনি হাঙ্গিহুনা শ্রীবীরভদ্র প্রভুবু মসা মরামগী মনুংদা নিত্যানন্দগুম্বা মসা অথোইবনি হাঙ্গিনা শীংথারে।

৫৬। মী পূম্নমক্তা প্রেম পীনিবদা অথিংবা লৈতরে। মহাপ্রভুনা পীনবা অক্তকপা শক্তিগী গুনা প্রেম য়েনবগী থবক্তা করিগুম্না মকমদা কৃষ্ণিগুম্না অপানবা অমক্তা লৈমিদে।

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৫৮

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে নিত্যানন্দ স্কন্ধ শাখাবর্ণনং নামঃ একাদশঃ পরিচ্ছেদঃ ॥ ১১

অর্থ :—

শ্রীরূপ-রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজে কৃষ্ণদাসনা ॥ ৫৮

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি খণ্ডদা নিত্যানন্দগী মস -মরেং শীং-থাজবা তরামাথোই-শুবা মতাং লোইজরে ॥ ১১

## তরানিথোই শুবা-মতাং

অদ্বৈতাঙ্ঘ্রাব্জভৃঙ্গাং স্তান সারাসার ভৃতোঽখিলান।
হিত্বা সারান্ সারভৃতো নৌমি চৈতন্য জীবনান॥ ১

---

### গৌর-কৃপা-টীকা

মথক্কী মতাংদা হাঙ্গৈজখরে, প্রেমকল্পতরুগী মউ অহুদগী মসা অনি লোংঙী; মসা অমনা নিত্যানন্দনি হাঙ্গৈজখবে; শ্রীনিত্যানন্দগী মসা-মরেংনচিংবস্তু শীংথাখরে; হৌজিক মতাং অসিদা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা অতোপ্পা মসা অচৌবা অমা ওইবগী রারী, মরী-মখোং হাঙ্গৈজন্নি।

শ্লো। ১। অন্বয়। সারাসারভৃতঃ (অফবা অমসুং ফত্তববু লৌরিবা) অখিলান (পুম্নমক) অদ্বৈতাঙ্ঘ্রাব্জভৃঙ্গান (শ্রীঅদ্বৈতগী চরণ থম্বানগী খোইমুগী মশক ওইবা ভক্তথিবিকী মনুংদা) তান (অদুম ওইবা—ফত্তবা লমচৎ চৎলিবশিং) অসারান (কান্নদবা থৌরম পামজরিবশিংবু) হিত্বা (থাদোক্তুনা) চৈতন্যজীবনান (শ্রীচৈতন্যদা থরাই লুপ্পবা) সারভৃতঃ (অরেপ্পা পোৎশক অফবতা লৌবিবা ভক্তশিংবু) নৌমি (খুকমজবি)।

অনুবাদ। অফবা অমসুং ফত্তবা লৌরিরা শ্রীঅদ্বৈতগী চরণ থম্বানগী খোইমুগী মশক ওইবা ভক্ত পুম্নমকী মনুংদা ফত্তবা কান্নদবা পাম্লিবশিংবু থাদোক্তুনা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা থরাই লুপ্পবা অফবা মচি ওইবা লৌরিবা মখোয়বু খুকমজরি। ১।

শ্রীচৈতন্যভাগবত, মধ্যখণ্ড, ১৯ শুবা অধ্যায়দগী খঙবা ঙম্মী; শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরী-গোস্বামীগী শিষ্য ওইবা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু অসি চহি য়াম্না য়াম্লে, থাঙ্গনগী মী অহল ওইরে, অদুনা মহাপ্রভুনা মহাকপু য়াম্না ইকাঙ্গখুম্লে; মতৌ অদুদা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী মপুক্লিংদা য়াম্না য়াজে। শ্রীঅদ্বৈত-নদি মহাক মশা অসি মহাপ্রভুগী মনাইনি হাঙ্গৈনা খনজে—অদুনা মনাই অমনা মপু অদুদা তৌফম থোনপা থবক মতৌ অদুগুম্না অদ্বৈতনা মহাপ্রভুদা তৌজনীংই; মরম অসিনা মহাপ্রভুনা গুরুগী মতৌগুম্না ইকাই খুম্নবা উৎপা অদু পামজদে। মহাপ্রভুগী মথুংতা শান্তি অমুক্তং ফংননগী মরমদা শ্রীঅদ্বৈতনা কন্না

## গৌর-কৃপা-টীকা

খল্লক্লে। মহাক্কা মপুক্সিংদা মওন-মওন খল্লকই—"ধর্ম শন্দোক্লবগীদমক প্রভুমা অবতার তৌরিবনি, অহুনা ঐহাক ভক্তিগী অথোইবা থৌরগ অহু খণ্ডশিন্নরোই ; অহু ওইরবদি প্রভুনা শাউহুনা ঐবু দণ্ডি পীরবা য়াই।" (মতুংগী পয়ার ৩৭-৩৯ দা য়েংবিয়ু)।

মতৌ অস্মুমা ম্নাথন তৌহুনা মহাক্কা লৌনম তৌহুনা নবদ্বীপ্তগী শান্তিপুরদা লাক্লে ; লাক্লগা মহাক্কী শিষ্যশিংগী মমাংদা যোগবাশিষ্ঠ-লাইরিক্কী মনুংদা য়াওরিবা জ্ঞান্না অথোইবনি হান্নবা মতাং অহু ব্যাখ্যা তৌবা হৌরক্লে। মহাক্কা শিষ্যশিংদা খঙহল্লী—"জ্ঞান নত্তনা বিষ্ণুভক্তিনা করি তৌনগনি। সভাগী থল্লাই জ্ঞান্না, শক্তি য়াম্না লৈবনি॥" মতৌ অস্মুমা জ্ঞান্না অথোইবনি হান্নহুনা শন্দোকপা হৌরকই। পূম্নমকপু উরিবা মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতগী লমচং অহু খঙবা ওম্লে। মহাপ্রভুনা শাউরহুনা নোংমা শ্রীনিত্যানন্দগা লোয়ননহুনা শান্তি-পুরদা লাক্লে। মহাপ্রভুনা শাউহুনা লাকই হান্নবসি, মহাভাগবত শ্রীঅদ্বৈতমু খঙবা ওম্লে অমস্তুং য়ুমগী ফাল অমদা ফমহুনা য়াম্না থৌনা ফবগা লোয়ননা খোঙ্গেল য়াংনা জ্ঞান্না অথোইবনি হান্নবসি মাগী শিষ্যশিংদা তাকপিবা হৌরবই। মতম অসিমক্তদা প্রভু অনিনা লেঙশিল্লকুনা শ্রীঅদ্বৈতগী শুমাংদা থুংলরে ; মী পূম্নমক্না "উরগা প্রভুগী মূর্ত্তি পুক্লিংদা খল্লকই। বিশ্বম্ভরগী মঙান-মুমিং কোটিগা মান্ননা উই। উরগা সভাগী থমোইদা অকিবা পোকই॥" প্রভুনা লেঙশিল্লক্লগা শ্রীঅদ্বৈতদা হংলকই—"আরে হন্নুবা! হান্নয়ু য়েংসি জ্ঞানগা ভক্তিগা করম্বনা চাউবগে?" বা অসি তাবদা শ্রীঅদ্বৈতনা নীংই, মহাক্কী মরাইমক ফবগী মতম ওইবে—প্রভুবু শমুক তেন্না শাউননবগীদমক হান্নরকই—জ্ঞান্না মতম পূম্নমক্তা হেন্না চাউই। জ্ঞানবু লৈত্রবদি ভক্তিনা করি তৌনগনি॥" মাহুদা শ্রীশচী-নন্দন্না শাউহুনা অদ্বৈতবু ফান্দগা মথুজেং পায়দুনা চিংথুবদা শুমাংদা তুরে, প্রভুনা মাবু মতিক চাবা দণ্ডি পীরে। মতম অতুদা অদ্বৈতনা নুংঙাইরহুনা মনীং থুংলহুনা খুবাক খুহুনা জগোই শাহুনা হান্নরকই, "ইবুঙো নংনা ঐবু মতিক চাবা দণ্ডি পীবিরে।"

শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী নীংজবা অহু থুংজরে ; মহাক্কী শিষ্যশিং অহুস্থ মথোঙ্গী গুরু-অদ্বৈতনা ভক্তিদগী জ্ঞান্না হেন্না চাউই হান্নবপা অহু ওইদবা হান্নজিল্লম্বনি হান্ননা ভাব তারে ; মতম অহুদা কনা-কনাগুম্বদি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ভক্তিনা অথোইবনি হান্ননা ম্নাথরে ; তৌইগুম্বস্তুং তাবা ফংই, কনা কনাগুম্বদি শ্রীঅদ্বৈতনা ফাগী তৌরম্বা, জ্ঞান্না অথোইবনি হান্ননা হান্নজিল্লম্বা অহু মপুক্লিংদা চহুনা লৈখরে ; মথোঙ্গনা শ্রীঅদ্বৈতবু গুরুনি হান্ননা নীংহুনা, গুরুদি সাক্ষাৎ ব্রহ্মনি হান্ননা নীংনখরে—তৌইগুম্বস্তুং শ্রীমন মহাপ্রভুবুদি

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয় জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত ধন্য॥ ১

শ্রীচৈতন্যামরতরোর্দ্বিতীয় স্কন্ধরূপিণঃ।
শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রস্য শাখারূপান গণান্ নুমঃ॥ ২

বৃক্ষের দ্বিতীয় স্কন্ধ আচার্য্য গোসাঞি।
তাঁর যত শাখা হৈল, তার লেখা নাঞি॥ ২
চৈতন্য মালীর কৃপা জলের সেচনে।
সেই জলে পুষ্ট স্কন্ধ বাড়ে দিনে দিনে॥ ৩
সেই স্কন্ধে যত প্রেমফল উপজিল।
সেই কৃষ্ণপ্রেম ফলে জগৎ ভরিল॥ ৪

অর্থ :—

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয় জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত ধন্য॥ ১
উ-পাম্বীগী অনিশুবা মসাদি অদ্বৈতনি।
মাঙোন্দগী লোংখিবা মসা য়াম্না য়ামখ্রবনি॥ ২
চাইবদা শ্রীচৈতন্যকৃপাগী ঈশিংনা।
মসাত্নু নোংম-নোংমগী চাউরক্লে ঈশিং'হুনা॥ ৩
মসা'হুদা প্রেমফল পাম্লিবা মযাম অহুনা।
জগৎ থনথরে কৃষ্ণপ্রেমফল অহুনা॥ ৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

স্বয়ং ভগবাম্নি হাঈনা যাখিদবে; মরম অসিদগী শ্রীঅদ্বৈতনসু মখোঈবু তিম্নখিদরে হাঈনা তাবা ফংই। মখোঈ শত্রুবু খম্নুহনা শ্লোক অসিদা "অসারান—কাম্নদবা থৌরম পামজান্নবা হাযবদি জ্ঞান্না মনানি হাঈনা চংশিবশিংগী" মতৌ তপা হাঈরিবনি; অহুগা মমাংঙৈগী গুম্না ভক্তিনা অথোইবনি হাঈনা যাম্নিবশিং অহুনা শ্রীমন মহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবাম্নি হাঈনা য়ারে, মখোঈ অহুবু খল্লুবদা "সান্নান-অফবতা লৌবিবা ভক্তশিংবু" হাঈম্নিবনি।

শো। ২। অন্বয়। শ্রীচৈতন্যামরতরো (শ্রীচৈতন্যনা ওইবা প্রেম-কল্পবৃক্ষগী) দ্বিতীয় স্কন্ধরূপিণঃ (অনিশুবা মসা ওইবা) শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রস্য (শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রগী) শাখারূপান (মসাগী মশক ওইবা) গণান (লোঈনবশিংবু) নুমঃ (ঐখোয়না খুরুমজরি)।

অনুবাদ। শ্রীচৈতন্যনা ওইবা কল্পবৃক্ষগী অনিশুবা মসাগী মশক ওইবা শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী মসা ওইবা লোঈনবশিংবু খুরুমজরি।

। ২। দ্বিতীয় স্কন্ধ—অনিশুবা মসা, মপাম্বীদগী অচৌবা মসা অনি লোংই, মাত্নুগী অহানবনা শ্রীনিত্যানন্দনি অমসুং অনিশুবনা শ্রীঅদ্বৈতনি। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী লোঈনবশিংগী ম্নান্নী মন্নী-মখোং, মতাং অসিদা ইজরগে হায়রুনা মখোঈবু খুরুমজহনা কৃপা নিজরি।

সেই জল স্কন্ধে করে শাখায় সঞ্চার।
ফল-ফুলে বাঢ়ে শাখা হইল বিস্তার॥ ৫
প্রথমেতে একমত আচার্য্যের গণে।
পাছে দুইমত হৈল দৈবের কারণে॥ ৬

অর্থ :—

ঈশিং অদুনা, মসাদগী মসা মচা লোংই।
মাদুদা মহে-মরোং য়াম্লকুনা শন্দোরকই॥ ৫
অদ্বৈতগী মনাইশিং পুকচেন তিন্নৈ অহানবদা।
লাইগী নোংদমদগী অনি থোকখ্রে অকোনবদা॥ ৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

৫। শ্রীচৈতন্যগী প্রেম অমসুং প্রেম য়েম্বোকপা ওয়বগী শক্তি অদু শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র অমসুং ইবুংঙো মাগী লোঈনবশিংদসু পীবিরে; মতম অদুদা মখোঈনসু মাইকৈ মরিদা প্রেম য়েম্বোকপা হৌরক্রে।

৬। মথক্কী অহানবা শোক্কী টীকাদা য়েংবিয়ু। অহানবদা—ভক্তিনা অথোইবনি হাঈনা লৌরিভৈগী মতমদা। অকোনবদা--মতুংদা; শ্রীঅদ্বৈতনা জ্ঞানমার্গনা অথোইবনি হাঈরুব্দগী দণ্ড ফংখিবা, চিংথুবা অদুগী মতুংদা। অনি থোকখ্রে—শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙোগী শিষ্যশিং অদু খরনা জ্ঞান-মার্গনা অথোইবনি হাঈনা লৌখরে অমসুং খরনা ভক্তি-মার্গনা অথোইবনি হাঈনা চংখ্রে, মাদুদা মখোঈগী মনুংদা মোং (মত) অনি থোকপা হাঈনদু ওইখরে (অহানবা শ্লোক্কী টীকাদা য়েংবিয়ু)। লাইগী নোংদমদগী -শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙোনা জ্ঞান-মার্গনা অথোইবনি হাঈদুনা যোগবাশিষ্ঠগী ব্যাখ্যা তৌরুবদুগী মতুংদা পুন্নমক্না খণ্ডলবসু—হাঈবদি জ্ঞান-মার্গনা অথোইবন হঈরিবসি শ্রীঅদ্বৈতগী অপাম্বা লম্বী নত্তে হাঈবসি তশেংনা খণ্ডলবগী মতুংদসু মহাক্কী শিষ্যশিংগী মনুংদা খরদি জ্ঞান-মার্গগী লম্বীদা অদুম লৈহৌরে, লাইগী নোংদম নত্তনা মাদুগী মরম অতৈ কয়িসু উবা ফংদে। লাইগী নোংদম—নহালমুক্কী মপোক্তা তৌরকপা কর্ম্মফল।

কেহো ত আচার্য্য-আজ্ঞায় কেহোত স্বতন্ত্র।
স্বমত কল্পনা করে দৈব পরতন্ত্র ॥ ৭
আচার্য্যের মত যেই সেই মত 'সার'।
তাঁর আজ্ঞা লঙ্ঘি চলে-সেইত 'অসার' ॥ ৮
অসারের নামে ইহাঁ নাহি প্রয়োজন।
ভেদ জানিবারে করি একত্র গণন। ৯
ধান্যরাশি মাপি যৈছে পাতনা সহিতে।
পাছে পাতনা উড়াইয়ে সংস্কার করিতে ॥ ১০

অর্থ :—

খরনা অদ্বৈতগী য়োং য়াই খরনা য়াদরে।
য়াদবাশিংনা মানা মানা পাম্বা চৎনখরে ॥ ৭
আচার্য্যগী য়োং ইনজবনা অচুম্বনি।
ইবুংঙোগী য়োং ইন্দবনা চুমদবনি ॥ ৮
চুমদবা মীগী মমিং ইরুবা কান্নদবনি।
খেন্নবা খঙনবগীদমক পুন্সিল্লুবনি ॥ ৯
ফৌ তাইবা মতমদা মক্‌স্থু য়াওনা তাই।
মতুংদা চান্নমদাইদা মক্‌ লৌথোকই ॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য ইবুংঙোগী যাথং ঙাক্লিবা শিষ্যশিং অহুদি মখোঙ্‌ পূম্নমক য়োং অমতনি; ভক্তিনা অথোইবনি হাঙ্গবসি মখোঙ্‌ খোৎ-খোৎপা য়াই। অহুগা আচার্য্যগী য়াথং ঙান্নবা মখোঙ্‌ অহুদি মানা মানা পাম্বা লম্বীদা চৎনখয়ে—মখোঙ্গনা জ্ঞান-মার্গনা অথোইবনি হাঙ্গনা নীংহুনা জ্ঞানমার্গ সাধন তৌখরে। শ্রীঅদ্বৈতগী তুং ইল্লিবশিং অহুনা ভগবানবুনা সেবা লৌরিবা (সেব্য) অমসুং ভক্ত মশা অহুনা সেবা তৌরিবা মনাইনি হাঙ্গনা খল্লী, অহুগা জ্ঞান-মার্গ চৎপা মখোঙ্গনা মশাবু ব্রহ্মনি নত্রগা ভগবান্নি হাঙ্গনা নীংই। অদ্বৈতগী মতুং ইনবা মনাইশিংদি মহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্নি হাঙ্গনা লৌহুনা সেবা তৌই; জ্ঞানমার্গ চৎপা মীশিংদি মাহু তৌদ্রে।

৮। অদ্বৈত আচার্য্যগী অপাঙ্গা মোত্তি অসিনি—ভক্তিমার্গ চৎপতনা অথোইবা মচিনি অহুনা অপুম ওইনা য়োং চৎপা মী পূম্নমক অহুবু অহানবা শ্লোকা "সারান" হাঙ্গখরে। অহুগা আচার্য্যগী য়াথং ইন্দহুনা মানা মানা পাম্বা লম্বীদা চৎল্লিবা অতোপ্পা শিষ্যশিং অহুগী মোত্তি জ্ঞান-মার্গগোমদা চৎখরে, মাহুদি ফত্তবনি অমসুং অপুম ওইনা য়োং চৎলিবা মী পূম্নমক অহুবু শ্লোকা "অসারান" হাঙ্গনা হাঙ্গখরে।

৯-১০। চুমদবা মীগী মমিংনচিংবা—শ্রীঅদ্বৈতগী শিষ্য অমদি লোইনবশিংগী মতুংদা চুনদবা য়োং চৎপা—শ্রীঅদ্বৈতগী য়োং য়াদবা জ্ঞানমার্গ চৎপা মীয়াম অহু মতাং অসিদা

অচ্যুতানন্দ বড় শাখা আচার্য্য নন্দন।
আজন্ম সেবিলা তিঁহো চৈতন্য চরণ॥ ১১
চৈতন্য গোসাঞির গুরু কেশবভারতী।
এই পিতার বাক্য শুনি দুঃখ পাইলা অতি॥ ১২
"জগদ্গুরুতে কর ঐছে উপদেশ।
তোমার এই উপদেশে নষ্ট হৈল দেশ॥ ১৩

**অর্থ :—**

অচ্যুতানন্দ-আচার্য্যগী মচানি।
পোকপদগী চৈতন্য সেবা তৌজরক্লবনি॥ ১১
কেশব ভারতী চৈতন্য গোসাঞিগী গুরুনি।
মপাগী ৱাসি তাবদা য়াম্না ৱাজবনি॥ ১২
"জগৎ গুরুদা পাওতাক পীম্নিবসি অম্মুন্না।
নৈবাক মাঙলবনি নংগী পাওতাক অসিনা॥ ১৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

প্রেম কল্পতরুগী মসা-মরেং শীংথাবদা মখোঙ্গী মমিং ইক্নবগী কান্নবা লৈত্রে, মরমদি, মখোঙ্গদি প্রেমকল্পতরুগী মসাগী মনুং চন্দে। ৬তুম ওইনএক পোক অহানবদা "অফবা অমন্নুং ফত্তবা" অনিথোক্লা ইব, মাতু খেন্নবা খ৬০বগীদমক্লি। অফবা অমন্নুং ফত্তবা অসি উৎলমন্ত্রনদি অফবা ভাক্তা ওইববোই হাঙ্গনা নীখিগদোরি। মক্—কৌ অসি শংবাইদা ওনবা মতমদা মক্ য়াওনা ৬ল্লী, চার দাইনা মক্ অতু লৌথাক্লগা চাঙ্গ. অতুগুমতুনা শ্রীঅদ্বৈতগী শিষ্যশিং অতু অহানবদা পূন্না হাঙ্গনম্লগা অকোনবদা ফত্তবা মোৎ চৎপা হাঙ্গবদি জ্ঞানমার্গ চৎপা কাংবু এতু থাদাক্লগা ভক্তি-মার্গ চৎপা অফবা চংলিবাশিং অতুগী মমিংতা থন্দোক্কুনা ইজরে।

১১। শ্রীঅদ্বৈতগী মতুংইনবা অচুম্বা মচিওইবা অফবা মঙ্গী চৎপা ভক্তশিংগী মমিং ইজল্লি। অচ্যুতানন্দ—শ্রীঅদ্বৈতগী মচানি; অদ্বৈতগী লেইনবশিংগী মংদা মহাক্না অখোইবনি, মহাকপু অচৌবা মসা হাঙ্গবা য়াই।

১২-১৫। অচ্যুতানন্দগী চহি মঙা গুরকপা মতমদা, লখোইবা অমা শ্রীঅদ্বৈতগী য়ুমদা লাক্লমী। শ্রীগৌরাঙ্গগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই শান্নবদা মহাক্না শ্রীঅদ্বৈত ইবুংঙোদা হংলম্মী,

চৌদ্দ ভুবনের গুরু চৈতন্য গোসাঞি।
তাঁর গুরু অন্য এই কোন শাস্ত্রে নাঞি॥" ১৪
পঞ্চমবর্ষের বালক কহে সিদ্ধান্তের সার।
শুনিয়া পাইল আচার্য্য সন্তোষ অপার॥ ১৫
কৃষ্ণমিশ্র নাম আর আচার্য্য তনয়।
চৈতন্য গোসাঞি বৈসে যাঁহার হৃদয়॥ ১৬

অর্থ :—

চৈতন্যদি মরোন তরামম্রিগী গুরুনি।
মাগী গুরু লৈ হায়বা শাস্ত্রদা লৈতবনি॥ ১৪
চহি মঙাগী অঙাংনা সিদ্ধান্ত খঙজরে।
আচার্য্যনা তাজরগা য়াম্না নুংঙাইজরে॥ ১৫
কৃষ্ণমিশ্র আচার্য্যগী মচাগী মমিংনি।
চৈতন্য গোসাঞিনা মাগী থমোইদা লৈবনি॥ ১৬

গৌর-কৃপা টীকা

—"শ্রীগৌরাঙ্গগী গুরু কনানো ? শ্রীঅদ্বৈতনা থুম্নমী "মহাক্কী গুরুদি শ্রীকেশব ভারতীনি।" হায়না অসি অচ্যুতানন্দনা তারগা য়াম্না নুংঙাইতরে অমসুং মপাদা হায়রকই—"পাবুংনা হায়রিবসিবু করি য়ানো ? পাবুংমক্কা অসুম হায়বসিদি জগৎকী অমাঙবা অমা ওইগনি। শ্রীগৌরাঙ্গদি মরোন তরামম্রিগী গুরুনি অদুনা কেশব ভারতাগীসু গুরুনি। কেশব ভারতীদা মতৌকয়া শ্রীগৌরাঙ্গগী গুরু ওইবা য়াগদগে ? অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদা শ্রীগৌরাঙ্গগী গুরু ওইবা য়াবরা ?" অচ্যুতানন্দনা অঙাং ওইরিঙৈদগী শ্রীগৌরাঙ্গবু য়াম্না থাজে হায়বসি উহন্নীংবগীদমক মফম অসিদা য়াহৈ অসি থেচ্চরিবনি।

জগৎগুরু—স্বয়ং ভগবান্নি হায়দুনা শ্রীগৌরাঙ্গবু জগদগুরু হায়রিবনি। লৈবাক মাঙলবনি—ভগবানগী গুরুদি কনা অমত্তনা ওইনা য়াদে, জীবগী গুরুদি লৈফম থোকই অমসুং লৈস্নু লৈ ; শ্রীঅদ্বৈতগী মতৌগুম্বা অফাওবা মী অমনা, শ্রীগৌরাঙ্গগী গুরুদি কেশব ভারতীনি হায়রবদি, মীনা নীংখিগনি শ্রীগৌরাঙ্গদি অচম্বা মী অমনি-জীব অমনি ; স্বয়ং ভগবান শ্রীগৌরাঙ্গবু জীব অমনি হায়না নীংলুরবদি পাপ লংশিনবা ওইনা থোকনি, মাহুল মীগী অমাঙবা লৈবাক মাঙবা হায়বহু ওইগনি। মাসি অচ্যুতানন্দনা নীংবনি।

১৬। শ্রীঅদ্বৈতগী অতোপ্পা মচা অমগী মমিংদি শ্রীকৃষ্ণমিশ্র কৌই।

শ্রীগোপাল নামে আর আচার্য্যের সুত।
তাঁহার চরিত্র শুন অত্যন্ত অদ্ভুত॥ ১৭
গুণ্ডিচা মন্দিরে মহাপ্রভুর সম্মুখে।
কীর্ত্তনে নর্ত্তন করে বড় প্রেমসুখে॥ ১৮
নানা ভাবোদগম দেহে অদ্ভুত নর্ত্তন।
দুই গোসাঞি 'হরি' বোলে আনন্দিত মন॥ ১৯
নাচিতে নাচিতে গোপাল হইলা মূর্চ্ছিত।
ভূমিতে পড়িলা, দেহে নাহিক সংবিত॥ ২০
দুঃখী হইলা আচার্য্য পুত্র কোলে লৈয়া।
রক্ষা করেন নৃসিংহের মন্ত্র পঢ়িয়া॥ ২১

অর্থ :—

শ্রীগোপাল কৌবঙস মচানি আচায্যগী।
তাবিযু মবমচং য়াম্না অঙনপনি মাগী॥ ১৭
গুণ্ডিচা মন্দিরদা মহাপ্রভুগী মমাংদা।
প্রেমদা তাউহুনা মুংঙাংনা জগোই শাই কীর্ত্তন্দা॥ ১৮
হকচাংদা ভাব ফাওবকুন অঙকপা জগোই শাই।
পুক্লিং মুংঙাইনা গোসাঞি অনিনা হরি শোল্লবই॥ ১৯
জগোই-শানা-শানা গোপাল রাম্থখবে।
হকচাংদা জ্ঞান লৈখিদবে লৈবা মতুখরে॥ ২০
আচার্য্যনা রাদুনা মাচাবু কোনশিনজে।
নৃসিংহ-মন্ত্র পোন্দুনা ফনবা তোংনজ॥ ২১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৭—২৪। শ্রীঅদ্বৈতগী অতেপ্প মচা অমগী মমিংদি শ্রীগোপাল কৌই। গুণ্ডিচামন্দিরদা—শ্রীক্ষেত্রগী গুণ্ডিচামন্দিরদা, মন্দির সিনা বথয় ত্রাদ (নদা) জগন্নাথনা লেঙলকুনা লৈ। মহাপ্রভুনা চহি অমদি ভক্ত পুন্নমকা লোইননা গুণ্ডিচা মন্দিরগী অমোওপা শেংদোক্লম্মী, মাহুদা মাইকৈ মরিমক্তা কীর্ত্তন তৌরম্মী, শ্রীগোপালনদি প্রেমা মুথাইমনখ্রুনা জগোই শাগৎলক্রে, মহাক্কী মশাদা কপ্পনিকপা চিংবা সাত্ত্বিক ভাব ফাওরক্রে; জগোই শানা-শানা গোপাল শাগদুনা জ্ঞান মাংখবে, শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যসু

নানা মন্ত্র পড়েন আচার্য্য না হয় চেতন।
দুঃখী হইয়া আচার্য্য করেন ক্রন্দন ॥ ২২
তবে মহাপ্রভু তাঁর হৃদে হস্ত ধরি।
উঠহ গোপাল! কৈল-বোল হরি হরি ॥ ২৩
উঠল গোপাল প্রভুর স্পর্শধ্বনি শুনি।
আনন্দিত হইয়া সভে করে হরিধ্বনি ॥ ২৪

অর্থ :—

আচার্য্যনা মন্ত্র য়াম্না শোল্লে—ফগৎলক্তরে।
মাহুদা আচার্য্যনা বাহুনা য়াম্না কপখরে ॥ ২২
মহাপ্রভুনা মহাক্কী থমোইদা নানবিরে।
হৌগৎলো গোপাল! হরি হরি শোল্ল্ তাকপিরে ॥ ২৩
মহাপ্রভুনা শোকপহুদা গোপাল হৌগৎলে।
মী ময়াম্না নুংঙাইহুনা হরি হরি শোল্লে ॥ ২৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মফম অহুদা লৈরম্মী, মচানা য়াম্বা ওহু উরগা য়াম্না য়ারম্মী ; মহাক্কা থল্লী—গোপাল অসি ভূত ওক্লমমাল্লে, ভূত ওক্লমবদি নৃসিংহ মন্ত্র শোল্লগা কৈ হাঈহুনা নৃসিংহ মন্ত্র য়াম্না শোল্লে ; তৌইশুমম্নুং করি অমতা ফগৎলক্তে, মাহুদা আচার্য্য য়াম্না কপ্লে। শ্রীমন মহাপ্রভুনা গোপাল য়াম্বরিবা ওসি প্রেম্না ভাওহুনা তৌবনি হাঈবা খণ্ডী, তৌইশুমম্নুং শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যাদি মচাবু হেক্তিম্না নুংশিবা মরমদগী খণ্ডবা ওমল্লে। আচার্য্যগী অরাবা অহু উবদ মহাপ্রভুনা গোপালগী থমোইদা নানবিহুনা হাঈরকই— গোপাল, হৌগৎলো ; হরি হবি শোল্ল্।” “প্রভুনা শোকপা অহুদা গোপালগী জ্ঞান মাঙলুবা অহু মহৌশাগী ফিবমদা হজিল্লে, ফরে ; মওম অহুদা প্রভুগী য়া তারহুনা গোপালনা হৌগত্তুনা ফম্লে ; মাহুদা মী পুম্নমক নুংঙাইহুনা হরি হরি শোম্নরক্লে।

ভাব কাওরকপা—পি ভাব-নিকপা-তুচুংবনচিংব। সাত্ত্বিক ভাব কাওরকপা। গোসাঞি অনিনা মহাপ্রভু অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনা। মীনা হাঈনৈ, ভূত ওক্লহুনা জ্ঞান তাম্রবদি নৃসিংহ-মন্ত্র শোল্লগা কৈ।

আচার্য্যের আর পুত্র শ্রীবলরাম।
আর পুত্র স্বরূপ শাখা জগদীশ নাম॥ ২৫
কমলাকান্ত বিশ্বাস নাম আচার্য্য কিঙ্কর।
আচার্য্যের ব্যবহার তাঁহার গোচর॥ ২৬
নীলাচলে তেঁহো এক পত্রিকা লিখিয়া।
প্রতাপরুদ্রের পাশ দিলা পাঠাইয়া॥ ২৭
সেই পত্রির কথা আচার্য্য নাহি জানে।
কোন পাকে সেই পত্রি আইল প্রভুস্থানে॥ ২৮

অর্থ :—

শ্রীবলরাম, আচার্য্যগী অতোপ্পা মচানি।
মনাই জগদীশ মহাক্কী মচাগুম্বনি॥ ২৫
কমলাকান্তবিশ্বাস, আচার্য্যগী মনাইনি।
আচার্য্যগী সংসারগী খরচ মানা খঙবনি॥ ২৬
মহাক্না নীলাচলদা থানবা চিঠি ইরম্মী।
শ্রীপ্রতাপরুদ্র নিংথৌগী মফমদা থারম্মী॥ ২৭
আচার্য্যনা খঙলমদে চিঠি মরোন অদু।
লাই-নোংদমদগী প্রভুদা লাক্লে চিঠি অদু॥ ২৮

---

গৌর-কৃপা-টীকা

২৫। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী অতোপ্পা মচা অমগী মমিংদি শ্রীবলরাম কৌই। মতাং অসিদা শ্রীঅদ্বৈতগী মচা মরিগী মমিং ইজরে—(১) শ্রীঅচ্যুতানন্দ, (২) শ্রীকৃষ্ণমিশ্র, (৩) শ্রীগোপাল অমসুং (৪) শ্রীবলরাম। কনা কনাগুম্বনা হাঈনৈ, মচা মর অসগী মথক্তা জগদীশ অমসুং স্বরূপ কৌবা মচা অনি অমসু লৈ। (দেবকীনন্দন-প্রেসতা কোঙবা লাইরিক্তা য়াওবনি) (অদুগা মাখনলাল ভাগবত ভূষণনা কোংবা লাইরিক্তনা স্বরূপ কৌবা মচা অমসু লৈ; মাগী থারগা মচা মঙানি হাঈরি অমসুং জগদীশনা মচানি হাঈরি);

২৬—৩০। সংসারগী খরচ—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী য়ুমগী চাদিং তৌবা অমসুং শেল কারকপাগী হিসাব অদু কমলাকান্ত বিশ্বাসনা তৌরম্মী। মতম অমদা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা

সেই পত্রিতে লিখিয়াছে এই ত লিখন।
ঈশ্বরত্বে আচার্য্যেরে করিয়াছে স্থাপন॥ ২৯
কিন্তু তাঁর দেবে কিছু হইয়াছে ঋণ।
ঋণ শোধিবারে চাহি তঙ্ক শত তিন॥ ৩০
পত্র পড়িয়া প্রভুর মনে হৈল দুখ।
বাহিরে হাসিয়া কিছু কহে চন্দ্রমুখ॥ ৩১
আচার্য্যেরে স্থাপিয়াছে করিয়া ঈশ্বর।
ইথে দোষ নাহি, আচার্য্য দৈবত ঈশ্বর॥ ৩২
ঈশ্বরের দৈন্য করি করিয়াছে ভিক্ষা।
অতএব দণ্ড করি করাইব শিক্ষা॥ ৩৩

অর্থ :--

চিঠি অদুদা ময়োন অয়ুম্না ইবা য়াওরম্মী।
আচার্য্যসি ঈশ্বর ওয়ানি হাঈবা উৎলম্মী॥ ২৯
অদুগা মীগী শেলসু তোল্লি হাঈনা পল্লম্মী।
শেল শিংনবগীদমক লুপা চহুম পাম্নম্মী॥ ৩০
চিঠি পাবদা প্রভু পুক্নিংদা মুংভাইতরে।
মপান্দনা নোকশিন্নদুনা য়া-খরা হাঈরে॥ ৩১
আচার্য্যবু ঈশ্বরনি হাঈনা লেপ্পরবনি।
মাদুদা দোষ লৈতে, থাজৈশেংবা ঈশ্বরনি॥ ৩২
ঈশ্বরবু লাইরবা উত্তুনা ভিক্ষা নিরে,
অদুনা দণ্ডি পীদুনা তম্বিবা তারে॥ ৩৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শেল খরা তোরম্মী; কমলাকান্ত- বিশ্বসনা শেন তোনবা অদু শিংনবগীদমক প্রভাপরুদ্র নিংখোংগী মফমদা লুপা চহুমদং উপায় তৌবিরকউ হাঈদুনা চিঠি অমা য়ারম্মী। চিঠি অদুদা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যদি ঈশ্বর ওয়গী মশক্তি হাঈনসু ইবা য়াওরম্মী। আচার্য্যদি চিঠি অদুগী মরমদা করিসু খঙলমদে। লাই-নোংদমদগী—কবিগুম্বা থৌওং অমদগী মরম অমদগী।

৩১। চিঠি অদু করিগুম্বা অমদগী লুংশিংনা হুমদোরদুনা মহাপ্রভুগী মথুত্তা পুক্নরে; চিঠি অদু পাব্রবদা মহাপ্রভুনা মপুক্নিংদা য়াম্না য়ারে-মরমদি, ঈশ্বর ওইরবা মহাক অদুদি

গোবিন্দেরে আজ্ঞা দিল-ইঁহা আজ হৈতে।
বাউলিয়া-বিশ্বাসেরে না দিবে আসিতে॥ ৩৪
দণ্ড শুনি বিশ্বাস হৈলা পরম দুঃখিত।
শুনিয়া প্রভুর দণ্ড আচার্য্য হর্ষিত॥ ৩৫
বিশ্বাসেরে কহে—তুমি বড় ভাগ্যবান।
তোমারে করিল দণ্ড প্রভু ভগবান॥ ৩৬
পূর্ব্বে মহাপ্রভু মোরে করেন সম্মান।
দুঃখ পাই মনে আসি কৈল অনুমান॥ ৩৭

অর্থ :—

গোবিন্দদা য়াথং পীরে—ঙসিদগী মাঙদা।
অঙাওবা বিশ্বাসপু চংহনগনু অসিদা।। ৩৪
দণ্ডিগী রা তাবদা বিশ্বাস য়াম্না কিরে।
প্রভুগী রা তাবদা আচার্য্যদি হরাওরে।। ৩৫
বিশ্বাসতা হায়—নংদি য়াম্না লাইবক ফরে।
প্রভু ভগবান্না নংবু দণ্ডি পীবিরে॥ ৩৬
মমাংঙৈদা মহাপ্রভুনা ঐবু সম্মান তৌই।
মাহুদা ঐনা পুক্নিংদা য়াম্না য়ুংঙাইতে রাই।। ৩৭

## গৌর-কৃপা টীকা

লাইরবা হৌনদে; কমলাকান্তবিশ্বাসনা—ঈশ্বর তত্ত্ব ওইবা অদ্বৈতাচার্য্যবু লাইরবা উত্তুনা ঈশ্বর ওইবগী গুণ মযেং তাহল্লী হায়চুনা মহাপ্রভুনা য়াম্না য়ুংঙাইত্তরে। মহাপ্রভুনা মরম অতুগীদমক কমলাকান্তবু মতিক চাবা দণ্ডি পীগে হায়না লেপখরে।

৩৪-৩৫। মাঙদা—মহাপ্রভুগী মমাঙদ"। প্রভুনা ম্যাগী সেবক শ্রীগোবিন্দবু কৌহুনা হায়রকই—"ঙসিদগী কমলাকান্ত বিশ্বাসবু মফম অসিদা চংহনগনু। রা অসি কমলাকান্তবু দণ্ডি পীবা কৌই। দণ্ডিগী রা অসি কমলাকান্তনা তারগা যাম্না রারে; তৌইত্তবসুং অদ্বৈত আচার্য্যদি য়াম্না য়ুংঙাইরে; মরম্নদি, অসিগুম্বা দণ্ডি অসিদি কমলাকান্তগী মফমদা মহাপ্রভুনা কৃপা অমসুং য়ুংশিবা ফোংদোকপনি হায়না খল্লী; য়ুংশিবিবা মী অদুগী মফমদা অসিগুম্বা শাস্তি রারকপা অসি তৌই।

৩৭-৩৮। মতাং অসিগী অহানবা শ্লোকী টীকাদা পযার অনি অসিদা উৎলিবা তাব অসি য়াওরে য়েংবিয়ু। মুক্তি—জ্ঞানমার্গ চৎপা মীনা পামজরিবদি সাযুজ্য মুক্তিনি।

'মুক্তি' শ্রেষ্ঠ করি কৈল বাশিষ্ঠ ব্যাখ্যান।
ক্রুদ্ধ হঞা প্রভু মোরে কৈল অপমান॥ ৩৮
দণ্ড পাঞা হৈল মোর পরম আনন্দ।
যে দণ্ড পাইল ভাগ্যবান শ্রীমুকুন্দ॥ ৩৯

অর্থ :—

মাতুদা "মুক্তিনা" অথোইবনি শন্দোকই ঐনা।
মহাপ্রভুনা ঐবু মাইথীবা পী শাউতুনা॥ ৩৮
দণ্ডি ফংলতুনা ঐনা য়াম্না নুংঙাইখি।
দণ্ডি অতু লাইবক ফবা শ্রীমুকুন্দ ফংখি॥ ৩৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৯। দণ্ডি অতু ফংখি নচিংবা—প্রভুনা মহাপ্রকাশকী মতমদা ভক্ত পুম্নমকপু কৌরগা কৃপা তৌবিখি; তৌইগুম্বসুং মুকু দ দত্তবুদি কৌবিদ্রে; মুকুন্দসু প্রভুনা কৌবিদ্রে হাঙৈতুনা কিতুনা প্রভুগী মনাক্তা চংজবা ঙমদরে। মতম অতুদা শ্রীবাস পণ্ডিতনা প্রভুদা হঙৈচে —"প্রভু, মুকুন্দ অসিবু যাম্না নুংশিনা তৌবিবদাইই মাগী ইশৈ তাবা নংনা য়াম্না পাম্জবদাই; ঙসিদি ভক্ত পুম্নমক্পুদি কৃপা তৌবিতুনা কৌবিরগা মুকুন্দবুদি করি মরমগী কৌবিদ্রি-বনো? মহাক য়াম্না রাজরে, মাগী করিগুম্বা দোষ ৈবা থোক্লবদি কৌবিরগা শাস্তি তৌবিয়ু (য়াবকপিয়ু)।" প্রভুন খুম্নকৃই —"নত্তে, শ্রীবাস, মুকুন্দগী য়া ঐঙোন্দা পল্লকম্নু; মুকুন্দদি মানা ভিন্ন-ভিন্নকবা মী-শিং অতুগী মোৎ মতুংইম্না য়া ঙাংই। জ্ঞান মার্গ চৎপা মীগা ভিন্নরগা, থোগবাশিঠনা ৎথোইবনি হাঙৈ, ভক্তগা তিন্নরগা, ভক্তিনা অথোইবনি হাঙৈ। অমনা মহাক্তি ভক্তিগী মফমদা দোষ লৈরবনি। মরম অতুনা মহাক উনকম্ থোক্লে।" য়া পুম্নমক্সি মুকুন্দনা মপাংদা লৈবগা তাবা ফংই; মানা মপুক্নিংদা শিরগে হাঙৈনা লেপ্লে; মাসি লেপ্লতুনা মহাক্না শ্রীবাসকী মফমদা কপ্পা-কপ্পা হাঙৈরকৃই—"শ্রীবাস! কয়ম্বা মতমদা প্রভুবু অমুক উজবা ফংগদগে, অমুক্তা হংবিয়ু।" প্রভুনা হাঙৈরকৃই, "মপোক্ কোটিরক শুবদা উনবা ফংগনি॥" ইশোই-শোঙৈদনা ফংবগী য়া অসি তাবদা মুকুন্দনা নুংঙাইরতুনা মফম অতুদা জগোই শাস্লক্লে। মুকুন্দগী মতৌ অতু উরগা, বিশ্বম্ভরনা নোম্লতুনা হাঙৈরকৃই—"মুকুন্দবু থুনা পুশিল্লকৃই।"

যে দণ্ড পাইলেন শ্রীশচী ভাগ্যবতী।
সে দণ্ড প্রসাদ অন্যলোক পাবে কতি? ॥ ৪০

অর্থ: —

শ্রীশচী লাইবক ফবী ফংখি দণ্ডি অদু।
অতোপ্পা মীনা ফংবা ঙমদে দণ্ডি অদু ॥ ৪০

## গৌর-কৃপা-টীকা

মতম অদুমক্তদা মুকুন্দন। প্রভুবু উব ফংজবে। অহানবদা চংহন্দবা অদুনা দণ্ডি হাঙবদু পইরে। (শ্রীচৈতন্যভাগবত মধ্যখণ্ড ১০শুবা অধ্যায়)।

৪০। শ্রীশচী লাইবক ফবী লাইবক ফবী শচী মাতা। শচী মাতগী মচা নীপা অহল শ্রীপাদ বিশ্বরূপনা মতম লৈবা থিবিক্তা শ্রীঅদ্বৈতগী সভাদা তিল্লী; শ্রীঅদ্বৈতস্থু মাগা ঈশ্বরগী মরমদা মারী রাতাই শানদুনা য়াম্না নুংঙাইমিম্নে, মতম খরগী মতুংদদি বিশ্বরূপ লম্বোইখরে, নৌনা লম্বোইখিবা অসিদা শচীমাতানা মপুক্লিংদা রাখন তৌবদা— অদ্বৈতবু নুংঙাইতরে। মতুংদা মচা বিশ্বম্ভরগী মাইথোং যেংজদুনা অমসুং মচানা সংসারদা লৈদুনা মমাবু সেবা তৌদুনা লৈগনি হায়না খল্লুবদা বিশ্বরূপ উবা ফংদবগী অরাবা অদু কাউখরে অমসুং অদ্বৈতবু নুংঙাইতবা অদুস্থ কাউথবে। মতম খরগী মতুংদা বিশ্বম্ভর সংসার থাদোক্লগনিংলক্লে, মতম অদুদা মহাপ্রভু অযাংবা মতমদা অদ্বৈতগা তিন্নবা হৌরক্লে — প্রভু বিশ্বম্ভরনা সংসারগী নুংঙাইবা থাদোক্তুনা, লক্ষ্মীবু থাদোক্তুনা অদ্বৈতগী মযুমদা লৈরে। মতম অদুদা শচীমাতানা মাংঙৈগী বিশ্বরূপকী মৈথাক অদু নীংশিংলক্লে; মাদুদা আচার্য্য গোশাঞিনা ঐগী ইচা অসি চিংশিন্‌খরে বিশ্বরূপকা মতৌগুম্না ইচা বিশ্বম্ভরবু থরাইদগী হেন্না নুংশিনা থম জবিনবু সংসার থাদোক্‌হনদোবমাল্ল হায়না শচীনা খল্লে অমসুং চিংনরদুনা মচাবু নুংশিবদগী যাম্না রান অসু ইত্তন ফু বকুই অদ্বৈতবু কনানা কৈ হাঙরিবনো? থাজবা মাংবা ইচা অমস্থ লৈজবগী যুমদগী থাদোক্‌হনথরে। ইচা অমতং লৈজরিবা অসিস্থ তপথনা লৈহনরে। তোল্লনী কনাস্থ লৈজদ্রবী ঐবু কনানস্থ থৌজান্‌বিদ্রে। জগৎনদি অদ্বৈতবু কৈ হাঙ্গৈবস্থ যাই ঐঙোন্দদি ফত্তনা মায়া হাঙবদু ওইরে।” শ্রীঅদ্বৈতগী মরমদা মতৌ অসুম্না নুংঙাইতবা লৈবা অসিদা শচীমাতানা বৈষ্ণবকী মফমদা অপরাধ (মরাল) লৈরে হায়না মহাপ্রভুনা খল্লে অমসুং মরম অদুনা মহাপ্রকাশকী মতমদা ইবুংঙোনা ভক্ত পুম্নমক্তা প্রেম পীবিরবস্থ শচীমাতাদদি প্রেম পীখিদরে। মতৌ অসুম্না প্রেম ফংখিদবা অসি শচীমাতাদা প্রভুনা দণ্ডি পীবনি

এত কহি আচার্য্য তাঁরে করিয়া আশ্বাস।
আনন্দিত হৈয়া আইলা মহাপ্রভুর পাশ॥ ৪১
প্রভুকে কহেন-তোমার না বুঝিয়ে লীলা।
আমা হৈতে প্রসাদ পাত্র করিলা কমলা॥ ৪২
আমারেহ কভু যেই না হয় প্রসাদ।
তোমার চরণে আমি কি কৈনু অপরাধ?॥ ৪৩
এত শুনি মহাপ্রভু হাসিতে লাগিলা।
বোলাইলা কমলাকান্তে প্রসন্ন হইলা॥ ৪৪

অর্থ :—

অসি হাঙ্গিদুনা আচার্য্যনা মাবু থাজহল্লে।
নুংঙাইরদুনা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাক্লে। ৪১
নংগী লীলা খঙবা ঙমদে—প্রভুদা হাঙ্গিরবই।
ঐঙোন্দগী হেন্না কমলাদা চানবিফম থোকই॥ ৪২
কৈদৌঙৈদস্ত্র কৃপা তৌবিদে ঐঙোন্দা।
ঐনা করি লানখ্রবনো নংগী চরণ্ডা॥ ৪৩
অসি তাবগা মহাপ্রভুনা নোল্লক্লে।
হরাও-হরাওনা কমলাকান্তদা রা হাঙ্গিহল্লে॥ ৪৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

(শ্রীচৈতন্য ভাগবত মধ্যখণ্ড ২২শুবা অধ্যায়)। শ্রীঅদ্বৈতগী মফমদা লান্থিবা অদু হাঙ্গিজদুনা কোক্লবগী মতুংদদি প্রেম ফংখি। শচীমাতা অমসুং মুকুন্দবু প্রভুনা য়াম্না নুংশিরম্মী; অদুনা ইবুংঙোনা শাস্তি পীবিদুনা মখোঙ্গীবু শেংদোকপনি। মমা-মপানা মচাবু য়াম্না নুংশি, অদুনা মচানা ফত্তবা থবক অমা তৌরুরবদি ফননবগীদমক দারমই। মফম অসিদা রারকৃপা অসিন্থ মমা-মপানা চাংবিবা উৎপনি; অদুগুমদুনা মহাপ্রভুনা শাস্তি পীবা রারকৃপা অসিস্থ নুংশিবা উৎপগী খুদম্নি। ১।৮।২৭ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু। পয়ার ৩৬-৪০ দা হাঙ্গিরিবা অসি শ্রীঅদ্বৈতনা কমলাকান্ত-বিশ্বাসতা হাঙ্গিবা রানি, মহাকপু থাগত্তনা।

৪১-৪৩। অসি হাঙ্গিদুনা -পয়ার ৩৬-৪০ দা ইরিবসি হাঙ্গিদুনা-, পয়ার ৩৬-৪০ দা ইরিবসি হাঙ্গিদুনা। মাবু- কমলাকান্তবু। ঐঙোন্দগীনচিংবা — শ্রীঅদ্বৈতনা মহাপ্রভুনা

আচার্য্য কহে ইহাকে কেনে দিলে দরশন ?
দুই প্রকারেতে করে মোরে বিড়ম্বন॥ ৪৫
শুনিয়া প্রভুর মন প্রসন্ন হইল।
দোঁহার অন্তর কথা দোঁহে সে বুঝিল॥ ৪৬
প্রভু কহে বাউলিয়া ! ঐছে কাহে কর ?
আচার্য্যের লজ্জা ধর্ম্ম হানি সে আচার॥ ৪৭

অর্থ :—

আচার্য্যনা হাঈ—মাবু করিগী দর্শন পীখনো ?
লম অনিদা ঐবু মানা কন্নিগী নোক্লবনো ? ৪৫
রা অসি তাবদা প্রভুগী পুক্নিং নুংঙাইরে।
অনিগী মপুংগী রাদি অনিনা খঙজরে॥ ৪৬
প্রভুনা হাঈ-থীকনেন্না ! অসুম্না কনানা তৌই ?
মতৌঅসিদি আচার্য্যগী ইকাইনি ধর্ম্ম মাঙই॥ ৪৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

হাঈরকৃই—"প্রভু, নংগী লীলা অসি কন্নিস্নু খঙবা ওমদে। তশেংনা ঐগোন্দদি নংনা দণ্ড পীজগা কমলাকান্তদা পীবিরে; ঐগোংগী হেন্না কমলাকান্তদা নুংশিবিকম্ থোকৃই— ঐগোন্দগী মাগী মরাইবক্ন। হেন্না থাগৎনকম থোকৃই।"

৪৫। শ্রীঅদ্বৈতগী রা তারগা মহাপ্রভুনা কমলাকান্তবু চানবিদুনা কৌশিন্বিরবদা শ্রীঅদ্বৈতনা হাঈরকৃই—"কমলাকান্তবু কবিগী দর্শন পীরিবনো ? কমলাকান্তদি লম অনিদা ঐবু নোক্লরে—অহানবদা ঐবু খঙহন্দনা প্রতাপরুদ্র নিংথৌগী মফমদা শেল নিবগী চিঠি থারম্মী (মাহুদা নোক্লবগী মরম রাওরে মতুংগী পয়ার ৪৭-৫০ দা য়েংনিয়ু); অনিশুবদা :—ঐদি থাজৈশেংবা ঈশ্বর নত্তে, অদুবু কমলাকান্তনা চিঠি অদুদা ঐবু ঈশ্বরনা হাঈনা ইশিন্কিরম্লে; মতৌ অদুদা ঐবু মীগী মমাংদা যোম্হোকপিরে, ঈশ্বরগী মফমদস্ত লঙজবা, লানবা হাইবদু ওইরে (আচার্য্যনা হাঈরিবসি নোল্লুকপগী রাহৈনি)।

কমলাকান্তবু প্রভুনা কৌশিনবিরে হাঈদুনা আচার্য্যনা নুংঙাইতবা নত্তে, মপুংদদি রাম্না হরাওজরিবনি; অদুম ওইনমক প্রভুগী কৃপাগী অওকপা রস তঙ চানিংদুনা মপান্দা ওইনবগী মওংদা হাঈরিবনি—"মাবু করিগী দর্শন পীবনো ?"

৪৭। ইকাইনি ধর্ম্ম মাঙই—শেন তোনবা শিংনবগীদমক কনাগুম্বা অমগী মতেং লৌরবদি মশাগী অরাংবা অমসুং অতোনবা ফোংদোকপনি; মাদুদা ইকাইবা নংই। অদুগা নিংথৌনা শেন লৌরবাদি ধর্ম্ম মাঙই। (ধর্ম্ম মাঙবগী মরম পয়ার ৩৮-৪২ দা য়ংনিয়ু)।

প্রতিগ্রহ না করিবে কভু রাজধন।
বিষয়ীর অন্ন খাইলে দুষ্ট হয় মন॥ ৪৮
মন দুষ্ট হৈলে নহে কৃষ্ণের স্মরণ।
কৃষ্ণস্মৃতি বিনু হয় নিষ্ফল জীবন॥ ৪৯

অর্থ :—

কৈদৌনুংদা নিংথৌগী দান লৌরোইদবনি।
বিষয়ীগী চাক চারবদি পুক্লিং ফত্তবনি॥ ৪৮
পুক্লিংবু ফত্তবদি কৃষ্ণ নীংশিংবা ওমদে।
কৃষ্ণ নীংশিংত্রবদি পুন্সি মহে মানবা ওমদে॥ ৪৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৮-৪৯। নিংথৌগী শেল লৌকরগা ধর্ম্ম মাঙবগী মরম হাঙ্গজরি। বিষয়ী—শেন-থুম-ইচাইগু-শাগে নাত্তেনচিংবা ইন্দ্রিনা ফংবা য়াবা পোৎ পুন্নমকসি বিষয়নি মায়ানি মাহুদা থরায়না য়াম্না পামশিনবা অহুবু বিষয়ী কৌই। মফম অসিদা নিংথৌবু য়েংহনা বিষয়ী য়াহৈ শিজিমরে। পরম-ভগবত ( বৈষ্ণব ) ওইবা নিংথৌ প্রতাপরুদ্রগী মফমদা কমলাকান্ত-বিশ্বাসনা শেন নিরম্মী; প্রতাপরুদ্র মশামক বিষয়দা যাম্না পামশিনবা নত্রবসু মশিং লাকপা ওমদবা শেন-থুম সম্পত্তিনচিংবগী মপুনি হাঙ্গহনা নিংথৌ অম্যাম্বা বিষয়দা য়াম্না পামশিন্না হাঙ্গনা লৌবা য়াই অমস্তুং অযাম্বা নিংথৌনা বিষয়দা পুক্লিং চংই; মরম অহুনা হয়েংমুক্তী মপোক্কা য়াইকনীংবা খিরিক্তি সাধারণ নিংথৌগী শেন-থুম মপোৎ লৌনদে। নিংথৌদগী য়া নত্তে, লাইরবাশিংগী মসুংদসু বিষয়দা পুক্লিং চংবা যাম্না যাওই, মথোঙ্গ অহুগী মফমদগী দান লৌররবসু মাঙনবগী মশক ওই, মরমদি, থাইনগী মহাজনশিংনা বিষয়দা পুক্লিংচংবশিংগী পোৎ লৌকহবদি লৌরিবা মী অহু দোষ পক্লকই হাঙ্গহনা থাজনৈ ( নীংনৈ )। মরম অহুনা বিষয়দা লুপ্লবা হাঙ্গবদি সংসার মায়াদ। লুপ্লবা থমোই শেংদবা মীগী মপোৎ লৌরবদি থমোই শেংদে।

নিংথৌগী মরম-মথুম লৌবগী মরমদা শাস্ত্রদা অসুম্না ইরি :—“ন রাজ্ঞ প্রগৃহ্নতি প্রেত্য শ্রেয়োহভি কাঙ্ক্ষণঃ। মনু। ৫।৯১।—হয়েংমুক্তী মপোক্তা য়াইকনীংবা খিবিক অহুদি নিংথৌগী মরন-মথুম লৌবিকগনু।” হরিভক্তি-বিলাসতসু অসুম্না উবা ফংই :—
“ন রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্নীয়াম্ শূদ্রাৎ পতিতাদপি। ন্যাস্ত স্মাদ যাচকত্বঞ্চ নিন্দিতাদ গুরোরধুষঃ॥

লোকলজ্জা হয়, ধর্ম্মকীর্ত্তি হয় হানি।
ঐছে কর্ম্ম না করিহ কভু ইহা জানি॥ ৫০
এই শিক্ষা সভাকারে সভে মনে কৈল।
আচার্য্য গোসাঞি মনে আনন্দ পাইল॥ ৫১
আচার্য্যের অভিপ্রায় প্রভুমাত্র বুঝে।
প্রভুর গম্ভীর বাক্য আচার্য্য সমুঝে॥ ৫২
এই ত প্রস্তাবে আছে বহুত বিচার।
গ্রন্থ বাহুল্যভয়ে নাহি লিখিবার॥ ৫৩

অর্থ :—

মশা ইকাইবা নংই ধর্ম্ম মিংচং মযেং তাই।
কৈদৌঙৈদস্ত অসিগুম্বা থবক তৌদবা তাই॥ ৫০
খ্বাইনা মাসিবু তম্বিরিবনি হাঙ্গনা লৌই।
আচার্য্য গোসাঞিগী মপুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাই॥ ৫১
আচার্য্য গোসাঞিগী পুক্লিং প্রভুনা খঙই।
প্রভুগী য়াথং আচার্য্য গোসাঞিনা খঙই॥ ৫২
মাবোন অসিদা বিচার য়াম্না লৈরিবনি।
লাইরিক চাউথ্রগনি হাঙ্গইদুনা ইজদ্রবনি॥ ৫৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

--নিংথৌ, শূদ্র হাঙ্গইবদি অং তানবা মী অসিনচিংবগী মফমদগী শেন-থুম-পোং লৌরোইদবনি অমম্তুং য়াম্না নিন্দা তৌগনবা মীগী মপোং নিরোইদবনি। ১১। ৪৫৬॥"

৫০। পুক্লি, পুকচেন মোংলবদি (শেংদ্রবদি), শমোংপ থমোইদা কৃষ্ণ নীংশিংবা ঊমদে; কৃষ্ণ নীংশিংদ্রবদি পুন্স অসি অরেম্বা কাম্নদবা তাবে; মরম অসিনা নিংথৌগী —বিষয়ীগী (সংসার মায়া পাম্বগী) -পোং লৌরুবব দ পুন্সি অসি অরেম্বদা তাবরুদবগী ধর্ম্ম মাংলকদবগী চিংনবা লৈ; মাহুগী মথক্তা ইকাইবা নংবা অমম্তুং মিংচংথৌবদি শোঙ্গদবনি।

৫১। তম্বিরিবনি—নিংথৌগী মপোং নত্রগা বিষয়ীগী মপোং লৌরুদনবগী মরমদা প্রভুনা পাওতাক পীরি, মী পুন্নমক্তা মপুক্লিংদা থন্না, কমলাকান্ত-বিশ্বাসতা পাওথোংফম ওইরগা প্রভুনা পুন্নমক্তা তম্বিরিবনি হাঙ্গনা লৌই।

৫২—৫৩। মায়োন অসিদা—কনাগী মফমদগী পোং লৌবা য়াবা, কনাগী মফমদগীনা পোং লৌবা য়াদবা হাঙ্গবা অহুগী মবাদা খনৌংঙাই য়াম্না লৈখরে, শাস্ত্রগী প্রমাণশু য়াম্না লৈ, অদুবু লাইরিক চাউথ্রগনি হাঙ্গইদুনা মাহুগী মরমদা ইজদরে।

শ্রীযদুনন্দনাচার্য্য অদ্বৈতের শাখা।
তাঁর শাখা-উপশাখার নাহি হয় লেখা ॥ ৫৪
বাসুদেব দত্তের তিঁহো কৃপার ভাজন।
সর্ব্বভাবে আশ্রিয়াছে চৈতন্য চরণ ॥ ৫৫
ভাগবত-আচার্য্য আর বিষ্ণুদাস-আচার্য্য।
চক্রপাণি আচার্য্য আর অনন্ত আচার্য্য ॥ ৫৬
নন্দিনী আর কামদেব চৈতন্যদাস।
দুর্লভ বিশ্বাস আর বনমালী দাস ॥ ৫৭
জগন্নাথ কর আর কর ভবনাথ।
হৃদয়ানন্দ সেন, আর দাস ভোলানাথ ॥ ৫৮
যাদব দাস বিজয় দাস দাস জনার্দ্দন।
অনন্ত দাস কানু পণ্ডিত দাস নারায়ণ ॥ ৫৯

অর্থ :—

শ্রীযদুনন্দন আচার্য্য অদ্বৈতগী মসানি।
মাগী মসা-মরেং ইবা ঙম্মোইদবনি ॥ ৫৪
মহাক বাসুদেব দত্তগী কৃপা পাত্রনি।
মবম্ন খুদিংদা চৈতন্যচরণ চংজবনি ॥ ৫৫
ভাগবত, আচার্য্য বিষ্ণুদাস আচার্য্য।
চক্রপাণি-আচার্য্য, অনন্ত-আচার্য্য ॥ ৫৬
নন্দিনী অমুগা কামদেব চৈতন্যদাস।
দুর্লভ বিশ্বাস অমুগা বনমালী দাস ॥ ৫৭
জগন্নাথ কর, অমুগা কর ভবনাথ।
হৃদয়ানন্দ সেন, অমুগা দাস ভোলা নাথ ॥ ৫৮
যাদব দাস বিজয় দাস দাস জনার্দ্দন।
অনন্ত দাস কানুপণ্ডিত দাস নারায়ণ ॥ ৫৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৫৪—৫৫। শ্রীযদুনন্দন আচার্য্য—মহাক অসি রঘুনাথ দাস গোস্বামীগী দীক্ষা গুরুনি অমসুং বাসুদেব দত্তগী কৃপা পাত্রনি।

শ্রীবৎস পণ্ডিত ব্রহ্মচারী হরিদাস।
পুরুষোত্তম ব্রহ্মচারী আর কৃষ্ণদাস॥ ৬০
পুরুষোত্তম পণ্ডিত আর রঘুনাথ।
বনমালী কবিচন্দ্র আর বৈদ্যনাথ॥ ৬১
লোকনাথ পণ্ডিত আর মুরারি পণ্ডিত।
শ্রীহরিচরণ আর মাধব পণ্ডিত॥ ৬২
বিজয় পণ্ডিত আর পণ্ডিত শ্রীরাম।
অসংখ্য অদ্বৈত শাখা কত লৈব নাম? ৬৩
মালী দত্ত জল অদ্বৈত স্কন্ধ যোগায়।
সেই জলে জীয়ে শাখা ফুল ফল পায়॥ ৬৪

অর্থ :—

শ্রীবৎস পণ্ডিত ব্রহ্মচারী হরিদাস।
পুরুষোত্তম ব্রহ্মচারী অহুগা কৃষ্ণদাস॥ ৬০
পুরুষোত্তম পণ্ডিত অহুগা রঘুনাথ।
বনমালী কবিচন্দ্র অহুগা বৈদ্যনাথ॥ ৬১
লোকনাথ-পণ্ডিত অহুগা মুরারি পণ্ডিত।
শ্রীহরিচরণ অহুগা মাধব পণ্ডিত॥ ৬২
বিজয় পণ্ডিত অহুগা পণ্ডিত শ্রীরাম।
অদ্বৈতগী মসা মশিংনাইদে মখোঙ্গী নাম॥ ৬৩
মালী দত্তন। অদ্বৈত-পম্বীদা ঈশিং চাই।
ঈশিং অহুনা মসা-মবেং মহৈ-মরোং হিংই॥ ৬৪

গৌর-কৃপা-টীকা

৬৪। মালীদত্ত—শ্রীচৈতন্যদত্ত। মালীনা উপাম্বীদা ঈশিং চাইরগা চুপশিনখিহুনা মসা-মরেং মনা ফাওবা শিন-থুংখি, অহুগুমহুনা শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী প্রেম ফংজরগা মাহুনা মহাকী লোঙ্গনবা মনাইশিংদা য়েঙ্গোকই।

ইহার মধ্যে মালী পাশে কোন শাখাগণ।
না মানে চৈতন্যমালী দুর্দ্দৈব কারণ॥ ৬৫
যে জন্মাইল জীয়াইল তাঁরে না মানিল।
কৃতঘ্ন হইল, তারে স্কন্ধ ক্রুদ্ধ হৈল॥ ৬৬
ক্রুদ্ধ হঞা স্কন্ধ তারে জল না সঞ্চারে।
জলাভাবে কৃশ শাখা শুখাইয়া মরে॥ ৬৭
চৈতন্য রহিত দেহ-শুষ্ককাষ্ঠ সম।
জীবিতেই মৃত সেই, দণ্ডে তারে যম॥ ৬৮
কেবল এই গণ প্রতি নহে এই দণ্ড।
চৈতন্য বিমুখ যেই সেই ত পাষণ্ড॥ ৬৯

অর্থ :—

মাসি থাজরম্মগা মতুংদা মসা খরনা।
থাজরক্রে চৈতন্য মালীবু-লাইবক থীবনা॥ ৬৫
পোকপিরিবা হিংহনবিরিবা মাবু থাজদরে।
তৌবিমল খণ্ডবা ওইরে মউনা মাবু শাউরে॥ ৬৬
শাউরতুনা মউনা মাঙোন্দা ঈশিং পীদরে।
ঈশিং রাত্তুনা মসা'হু কংশিন্নকুনা শিরে॥ ৬৭
চৈতন্য নীংদ্রবা হকচাংদি উ-অকংবগুমই।
মাবু য়াম্না লাক্লে, হিংনা হিংনা অশিবা কৌই॥ ৬৮
দণ্ডিসি কাংবুসিগীদা নত্তে অতৈবুস্নুনি।
চৈতন্য নীংদবা মখৈদি পাষণ্ডনি॥ ৬৯

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৬৫-৬৭। শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইনবা ভক্তশিংগী মন্থুংদা অহানবদদি মখোঈ পূর্ণমক্না শ্রীমন মহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্নি হাঈতুনা লৌবম্নগা, মমৈথংদা ( শ্রীঅদ্বৈতনা যোগবাশিষ্ঠগী ব্যাখ্যা তৌতুনা জ্ঞান্না অথোইবনি মকান হাঈনা শন্দাক্রুবগী ) মতুংদদি কনা কনাগুম্বা মী খরনা শ্রীঅদ্বৈতবু ঈশ্বরনি হাঈনা লৌবা হৌখরে; মহাপ্রভুবু নীংখিদরে; ইবুংঙো মহাকী কৃপানা প্রেম মশক খণ্ডহল্লগা, ইবুংঙোবু নীংখিদবা অতুদা, মখোই অতু তৌবিমল খণ্ডবগী মরম্না পাপ চংবা হাঈবা অতু ওইখবে; মখোঈনা মহাপ্রভুবু য়াদবগী মরম্না শ্রীঅদ্বৈতনা শাউতুনা মখোঈগী মফমদা থোজানবিদরে; মাতুগী ফোলনা ( মহৈনা ) পাম্বী মউদি ঈশিং পীদ্রবদি মসা-মরেং অতু কংশিল্লকই। অতুগুমতুনা শ্রীঅদ্বৈতনা মখোঈদা; থৌজানবিদরে—অতুনা মখোঈনা প্রেম ফংলম্বা অতুসু কংশিনখরে; মখোঈগী থম্মোয় কংখরে।

৬৮-৬৯। শ্রীঅদ্বৈতগী কাংবুগী মন্থুংদা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু থাজদ্রবদি যোম্না (যম্না) দণ্ড পী, শ্রীঅদ্বৈতগী কাংবু নত্রাস্নু শ্রীচৈতন্যবু থাজদ্রবা মখোঈ অতুদি পাষণ্ড, পাপীনি, মখোঈবু যোম্না দণ্ড পী; ১।৮।৬, ৮ পয়ারদা য়েংবিয়ু।

কি পণ্ডিত কি তপস্বী কিবা গৃহী যতি।
চৈতন্য বিমুখ যেই তার এই গতি॥ ৭০
যে যে লইল শ্রীঅচ্যুতানন্দের মত।
সেই আচার্য্যের গণ মহাভাগবত॥ ৭১
অচ্যুতের যেই মত সেই মত সার।
আর যত মত সব হৈল ছারখার॥ ৭২
সেই সেই আচার্য্যের কৃপার ভাজন।
অনায়াসে পাইল সেই চৈতন্য চরণ॥ ৭৩

অর্থ :--

পণ্ডিত, লাইনীংবা যুম পানবা খিবিক অসিনা।
চৈতন্য নীংত্রবদি মনগনি দণ্ডি অসিনা॥ ৭০
মোং লৌবশিং অদুদি শ্রীঅচ্যুতানন্দগী।
মহাভাগবতনি—কাংবুনি আচার্যগী॥ ৭১
অচ্যুতকী মোং অদু অরেপ্পা মচিনি।
মোং অতৈদি মাঙনবগী মশক্তি॥ ৭২
অদ্বৈতনা কৃপা তৌবিদা ভক্ত মখোদি।
লাঙ্গনা চৈতন্য চরণ ফংবা ওস্মী মখোঙ্গদি॥ ৭৩

---

গৌর-কৃপা-টী

৭২। শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মোং লৌবা মখোদি অফবানি মচিনি; অদবা মখোদি ফত্তবা ভাক্তনি। শ্রীঅচ্যুতগী মোংতি করিনো হাইবদা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু স্বয়ং ভগবানি হাইনা নীংবনি।

৭৩। ভক্ত মখোদি—অচ্যুতানন্দগী মতুং ইনবা মখোদি। অসি ফাওনদা শ্রীঅদ্বৈতগী মপা নীংথাবা লোইজয়ে।

সেই আচার্য্যের গণে মোর কোটি নমস্কার।
অচ্যুতানন্দ প্রায় চৈতন্য জীবন যাহার॥ ৭৪
এই ত কহিল আচার্য্য গোসাঞির গণ।
তিন স্কন্ধ-শাখার কৈল সংক্ষেপ-গণন।। ৭৫
শাখা উপশাখা তার নাহিক গণন।
কিছুমাত্র কহি করি দিগদরশন।। ৭৬
শ্রীগদাধর পণ্ডিত শাখাতে মহোত্তম।
তাঁর উপশাখা কিছু করিয়ে গণন॥ ৭৭

অর্থ : -

শ্রীঅদ্বৈতগী কাংবুবু কোটি খুরুমজরি।
অচ্যুতানন্দদি চৈতন্যবু থরাই ওইরি॥ ৭৪
আচার্য্য গোসাঞিগী কাংবু থরা শীংথাজরে।
প্রভু অহুমগী মসা শম্নপা শীংথাজরে॥ ৭৫
মশীং নাইদে লোংথোরকপা মসা মরেংদি।
শীংথাজরে মাইকৈ উৎপা ওইনা থরদংদি॥ ৭৬
মসাদগী অথোইবদি গদাধরনা ওইনি।
মাগী মসা-মরেং থরদং শীংথাজরি॥ ৭৭

## গৌর-কৃপা টীকা

৭৪-৭৫। শ্রীঅদ্বৈতগী কাংবুবু—অদ্বৈতগী কাংবুগী মনুংদা অচ্যুতানন্দগী মোৎ চৎপা মথোঈ অত্তুবু। প্রভু অহুমগী মসা—উ পাম্বী মউনা শ্রীগৌরাঙ্গনা ওইবা, শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগা অমিনা মথকী উসা অচৌবা ওইব,—মরূ ওইবা অহুম অসিগী মসা-মরেং।

৭৬। মসা মরেংদি—মরূ ওইবা প্রভু অহুম অসিগী মসা অমসুং মসা মচা-মচাশিং অদুদি মশীং নাইদ্রে; মরম অদুনা পুম্নমক শীংথাবদি ওইথোক্রবনি হায়িদুনা শন্নবা হাইজরে।

৭৭। মথকী প্রভু অহুমগী মনুংদা মউগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোনা খ্বাইদগী অথোইবনি। অদুগা শ্রীচৈতন্যগী মসা—সাথাং ময়ামগী মনুংদা শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীনা অথোইবনি। অদুনা শাখাং ময়ামগী মনুংদগী প্রেম করবুদগী মরূ ওইবা শাখাদি

শাখা শ্রেষ্ঠ ধ্রুবানন্দ শ্রীধরব্রহ্মচারী।
ভাগবত আচার্য্য হরিদাস ব্রহ্মচারী॥ ৭৮
অনন্ত আচার্য্য কবিদত্ত মিশ্র নয়ন।
গঙ্গামন্ত্রী মামু ঠাকুর কণ্ঠাভরণ॥ ৭৯
ভূগর্ভ গোসাঞি আর ভাগবত দাস।
এই দুই আসি কৈল বৃন্দাবনে বাস॥ ৮০
বাণীনাথ ব্রহ্মচারী বড় মহাশয়।
বল্লভ চৈতন্য কৃষ্ণ প্রেমময়॥ ৮১

অর্থ :—

সাখাংনি ধ্রুবানন্দ শ্রীধরব্রহ্মচারী।
ভাগবত আচার্য্য হবিদাস ব্রহ্মচারী॥ ৭৮
অনন্ত আচার্য্য কবিদত্ত মিশ্র নয়ন।
গঙ্গামন্ত্রী মামু ঠাকুর কণ্ঠাভরণ। ৭৯
ভূগর্ভ গোসাঞি অমগা ভাগবত দাস।
অনি অসি লাকুনা ওইরবে বৃন্দাবন বাস। ৮০
বাণীনাথ ব্রহ্মচারী বড় মহাশয়।
বল্লভ চৈতন্যদাস কৃষ্ণ প্রেমময়॥ ৮১

গৌর-কৃপা-টীকা

গদাধবনি ; মহাক্না অথোইবা মসা সাখাংনি হায়রূনা ইহান-হানবদ। মহাক্না সাথং (সাগী শিষ্য, শিষ্য অমগী শিষ্যশিং) শীংথাজরে।, পয়ার ৭৭-৮৬।

৭৮। গঙ্গামন্ত্রী অমসুং মামু ঠাকুর—কনা কনাগুনা হাঙৈনৈ, মখোঙ্গ অসি উৎকল লৈবাক্কী তক্কনি। মামু ঠাকুরদা মহাপ্রভুনা মামা মামা হাঙৈনা কৌই মাব্ন মামু ঠাকুর হাঙৈনা মমিং চংগ্রে। অদুনা মী পূম্নমক্কস্ন মামু ঠাকুর হাঙৈনখিব।

শ্রীনাথ চক্রবর্ত্তী আর উদ্ধব দাস।
জিতামিত্র কাষ্ঠকাটা জগন্নাথ দাস ॥ ৮২
শ্রীহরি আচার্য্য সাদিপুরিয়া গোপাল।
কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী পুষ্পগোপাল ॥ ৮৩
শ্রীহর্ষ রঘুমিশ্র পণ্ডিত লক্ষ্মীনাথ।
রঙ্গবাটী চৈতন্য দাস শ্রীরঘুনাথ ॥ ৮৪
চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ-শাখাতে উদ্দাম।
মদন গোপাল পায়ে যাহার বিশ্রাম ॥ ৮৫
অমোঘ-পণ্ডিত হস্তিগোপাল চৈতন্যবল্লভ।
শ্রীযদু গাঙ্গুলি আর মঙ্গল বৈষ্ণব ॥ ৮৬

অর্থ :—

শ্রীনাথ চক্রবর্ত্তী অহুগা উদ্ধবদাস।
জিতামিত্র কাষ্ঠকাটা জগন্নাথ দাস ॥ ৮২
শ্রীহরি আচার্য্য সাদি পুরিয়া গোপাল।
কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী পুষ্প গোপাল ॥ ৮৩
শ্রীহর্ষ রঘুমিশ্র পণ্ডিত লক্ষ্মীনাথ।
রঙ্গবাটী চৈতন্যদাস শ্রীরঘুনাথ । ৮৪
চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ-শাখাদা উদ্দাম।
মদন গোপালগী চরণ্দা ওই মহাকী বিশ্রাম ॥ ৮৫
অমোঘ-পণ্ডিত হস্তিগোপাল চৈতন্য বল্লভ।
শ্রীযদুগাঙ্গুলি অহুগা মঙ্গল বৈষ্ণব ॥ ৮৬

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৮২। কাষ্ঠ কাটা—শীংখাইবা। শ্রীজগন্নাথ দাস অসি শীংখাইহনা মমুং-মমুং হিংই পুন্সি লেরী; অহুনা মাবু কাষ্ঠ কাটা জগন্নাথদাস হাঙ্গৈরিবনি—অতোপ্পা কনাগুম্বা জগন্নাথদাস অমদগী তোঙানবনি হাঙ্গৈবা খঙননবগীদমক।

সংক্ষেপে কহিল পণ্ডিত গোসাঞির গণ।
ঐছে আর শাখা-উপশাখার গণন॥ ৮৭
পণ্ডিতেরগণ সব ভাগবত ধন্য।
প্রাণবল্লভ সভার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য॥ ৮৮
এই তিন স্কন্ধের ( কৈল ) শাখা সংক্ষেপে গণন।
যাঁ সভার স্মরণে হয় বন্ধবিমোচণ॥ ৮৯
যাঁ সভার স্মরণে পাই চৈতন্যচরণ।
যাঁ সভার স্মরণে হয় বাঞ্ছিত পূরণ॥ ৯০
অতএব তাঁ সভার বন্দিয়ে চরণ।
চৈতন্য মালীর কহি লীলাঅনুক্রম॥ ৯১

অর্থ :—

পণ্ডিত গোসাঞিগী কাংবু শম্নপা শাংথাজরে।
অস্থুম্না মসামচাশিংগী মশীং উচ্চরে॥ ৮৭
পণ্ডিতকী কাংবু পূম্নমক ভাগবতনি।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য—সভাগী থব্রাইনি। ৮৮
প্রভু অহুমগী মসা শম্নপা শীংথাজরে।
ময়াম্বু নীংশিংজবদা অপুনবা কোকচরে॥ ৮৯
ময়াম্বু নীংশিংজবদা চৈতন্যচরণ ফংই।
সভা অসিবু নীংশিংজবদা নীংবা থুংই॥ ৯০
মরম অসিনা ময়ামগী চরণ খুরুমজরি।
চৈতন্য মালাগী লীলা মথং মথং হাঈজরি॥ ৯১

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮৭। অস্থুম্না মসা মচাশিংনচিংবা—মথক্তা পণ্ডিত-গোস্বামী গুম্বা মসামচা কাংবু অম্না হাঈজখরে, অতোপ্পা মসাগী মসামচাশিংসু মতৌ অস্থুম্না শীংথাবা য়াই। মাইকৈ উৎপা ওইনা গদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী মনাই নাইথাং থরদং ইজরে, পয়ার ৭৭—৮৬ কাওবদা।

গৌরলীলামৃত সিন্ধু অপার অগাধ।
কে করিতে পারে তাহে অবগাহ সাধ? ॥ ৯২
তাহার মাধুর্য্যগন্ধে লুব্ধ হয় মন।
অতএব তটে রহি চাখি এক কণ ॥ ৯৩
শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৯৪

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে।
আদি খণ্ডে অদ্বৈতস্কান্ধ শাখাবর্ণনং।
নাম দ্বাদশ: পরিচ্ছেদ: ॥ ১২

অর্থ :—

গৌরলীলামৃত সিন্ধুদি মপান নাইদে।
কনানা হাঙবা ঙমগনি কনাস্ম ঙম্নদে। ৯২
মহাকী মাধুর্য্য মনমদা পুক্লিং হুবি।
মপান্দা লৈহুনা মরিক অমতং চাজরি। ৯৩
শ্রীরূপ রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজে কৃষ্ণদাসনা ॥ ৯৪

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী আদি-
খণ্ডদা অদ্বৈতগী মনাই নাইথাং শীংথাবা।
তরানিথোই শুবা মতাং লোইজরে ॥

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৯২—৯৩। শ্রীচৈতন্যগী লীলামৃতদি সমুদ্রনি মপান নাইদবনি; কনা অমত্তনা শীংথানা ঙম্‌গা নত্তে; মহাকী মাধুর্য্য অতুগী মনম্না পুক্লিং হুখিহুনা অতুম ওইবা সমুদ্র অতুগী মপান্দা লৈহুনা অমৃতগী মরিক অমতং চাজরি।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত । আদি-লীলা

## তরাহুমদোই শুবা-মতাং

স প্রসীদতু চৈতন্যদেবো যস্য প্রসাদতঃ
তল্লীলা বর্ণনে যোগ্যঃ সদ্যঃ স্যাদধমোহপ্যয়ম ।। ১

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গৌরচন্দ্র ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় জয় নিত্যানন্দ ।। ১
জয় জয় গদাধর জয় শ্রীনিবাস ।
জয় মুকুন্দ বাসুদেব জয় হরিদাস ।। ২

অর্থ :—

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌবচন্দ্র ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় নিত্যানন্দচন্দ্র ।। ১
জয় জয় গদাধর জয় শ্রীনিবাস ।
জয় মুকুন্দ বাসুদেব জয় হরিদাস ।। ২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মতাং তরাহুমদোই অসিদা শ্রীচৈতন্য পোকপগী লীলা শীংথাজরি ।

শ্লো । ১ অন্বয় । যস্য ( মহাক্কী ) প্রসাদতঃ ( কৃপানা, থৌজাল্লা ) অয়ং ( ঐগুম্বা ) অধমঃ ( অপঙবা ) অপি ( অমসু, ) সদ্যঃ ( খুদক্কা ) তল্লীলাবর্ণনে ( মহাক্কী লীলা শীংথাবদা ) যোগ্যঃ ( মতিক চাবা ) স্যাৎ ( ওই ), সঃ ( অদুম ওইবা ) চৈতন্যদেবঃ ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙো ) প্রসীদতু ( চানবিসনু ) ।

অনুবাদ । ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল্লা পঙলবা ঐগুম্বা মীনসু মহাক্কী লীলা শীংথাবদা মতিক চাহল্লী, অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙো মহাক্লা ঐহাকপু চানবিবা ওইসনু । ১

লাইরিক লেংলিবা কবিরাজ-গোস্বামীনা শ্লোক অসিদা মশাবু অপঙবা অতোনবা অমনি হাইনা হাইরি, মাসি নোংম্রু কপগী খুদম্নি ; শ্রীচৈতন্যগী থৌজাল্লা অপঙবা মীসু

জয় দামোদর স্বরূপ জয় মুরারি গুপ্ত।
এই সব চন্দ্রোদয়ে তমঃ কৈল লুপ্ত॥ ৩
জয় শ্রীচৈতন্যচন্দ্রের ভক্ত চন্দ্রগণ।
সভার প্রেম জ্যোৎস্নায় উজ্জ্বল কৈল ত্রিভুবন॥ ৪

অর্থ :—

জয় দামোদর স্বরূপ জয় মুরারিগুপ্ত।
থা-শিংসি থোরকপদা অমম্বা লৈত্রে অমতা॥ ৩
খুরমজরি শ্রীচৈতন্যগী ভক্ত থা-শিংবু।
সভাগী প্রেম থাবল্লা ঙালহল্লে মরোল অহুম্॥ ৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

মহাক্কী লীলা শীংথাবা ঙমহল্লী; মরম অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা নত্রবদি পণ্ডিত ওইহুনসু মহাক্কী লীলা হাঙ্গৈবা ঙমদে। মতাং অসিদগী হৌহুন। শ্রীগৌরাঙ্গ পোকপগী লীলা শীংথাবা হৌরগনি; মথম অদুনা লাইরিক লেংলিবা গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যগী কৃপা ভিক্ষা নিজরি।

৩। থা-থোরক্লবদি জগৎকী অমম্বা কোকই, অদুগুমহুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরনা মাগী ইমুং-মনুংগা লোইননা জগৎতা ফাওরকপা অসিদা তেংবানবদা লৈরিবা ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদবা অপওবা ওইরম্বশিং অহু কোক্লে। অমম্বা লৈত্রে অমতা—অমম্বা কোকখত্রে। থা-শিংসি থোরকপদা—পয়ার ১-৩ দা হায়রিবা শ্রীচৈতন্য অমসুং মাগী লোইনবা থাশিং থোরকপদা।

৪। ভক্ত থা-শিংবু—শ্রীচৈতন্যগী ভক্তশিং খুদিংমক থা অমমমগী গুণ লৈ। থাগী মতাম্না জগৎকী অমম্বা কোকহন্দুনা ঙালহল্লী, অদুগুমদুনা শ্রীচৈতন্যগী ভক্তশিংনু জগৎতা লৈরিবা মীগী থমোইগী অমম্বনচিংবা কোকহন্দুনা প্রেম হাপচিন্দুনা ঙালহল্লী।

প্রেম থাবন—থাবল্লা জগৎ ঙালহনবগুম্না প্রেম্না অমম্বা থমোইবু ঙালহল্লী; প্রেমগী থাবনগা চাংদম্নরগা ভক্তবু থা-গা চাংদম্নরি।

এই ত কহিল গ্রন্থারম্ভে মুখবন্ধ।
এবে কহি চৈতন্যলীলার ক্রম-অনুবন্ধ।। ৫
প্রথমে ত সূত্ররূপে করিয়ে গণন।
পাছে তাহা বিস্তারি করিব বিবরণ।। ৬
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নবদ্বীপে অবতরী।
অষ্টচল্লিশ বৎসর প্রকট বিহারী।। ৭
চৌদ্দশত সাত শকে জন্মের প্রমাণ।
চৌদ্দশত পঞ্চান্নে হইল অন্তর্ধান।। ৮
চব্বিশ বৎসর প্রভু কৈল গৃহবাস।
নিরন্তর কৈল কৃষ্ণ কীর্ত্তন বিলাস।। ৯

অর্থ :—

মাসিনা লাইরিক হৌবগী মুখবন্ধনি।
হৌজিক হাঙৈরিবনা প্রভুগী লীলা অহৌবনি। ৫
অহানবদা সূত্র ওইনা শীংথাজখরে।
মতুংদা মাহ্ন শন্দোক্না ইবা তারে।। ৬
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নবদ্বীপ্তা অবতার তৌই।
চহি নিফুনাপান ফোংদোক্না লীলা তৌই।। ৭
শক লিশিং অমা চামরি তরেৎতা পোকই।
লিশিং অমা চা-মরি মাংখৈ মঙাদা থুপখিই।। ৮
চহি কুন্মরিগী প্রভুনা যুমদা লৈবম্মী।
অতংপা লৈতনা কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌবম্মী।। ৯

---

গৌর কৃপা টীকা

৫। মাসিনা—অহানবা মতাংদগী তরানিথোই শুবা মতাং ফাওবে মুখবন্ধ লাইরিক হৌরবা হৌরদা অহানবদা শম্নপা কোংদোকপা অহুবু মুখবন্ধ কৌই, ভূমিকা, অনুক্রমণিকা হায়না কৌই। শ্রীচৈতন্য পোকপগী লীলাদগী হৌড়না মথংশিংদা লীলা পুম্নমক শীংথাবা অসি, মতুং তরাহুমদোই তবা অসিদগী হৌরি।

৬-৮। শ্রীমন মহাপ্রভু নবদ্বীপ্তা অবতার তৌবগা ফোংদোক্না চহি ৪৮ লৈরম্মী, শক ১৪০৭তা পোকপগা শক ১৪৫৫ দা থুপখি।

চব্বিশ বৎসর শেষে করিয়া সন্ন্যাস।
চব্বিশ বৎসর কৈল নীলাচলে বাস॥ ১০
তার মধ্যে ছয় বৎসর গমনাগমন।
কভু দক্ষিণ, কভু গৌড়, কভু বৃন্দাবন॥ ১১
অষ্টাদশ বৎসর রহিলা নীলাচলে।
কৃষ্ণপ্রেম-নামামৃতে ভাসাইল সকলে॥ ১২
গার্হস্থ্যে প্রভুর লীলা আদি লীলাখ্যান।
মধ্য অন্ত্য-লীলা শেষ লীলার দুই নাম॥ ১৩

অর্থ :—

চহি কুম্মরিগী মমৈদা লম্বোইদুনা।
নীলাচলদা লৈখি—চহি কুম্মরি অমনা॥ ১০
মরক্তা চহি তরুক্তা হৃজং-হন্দা লেঙই।
খা মাইকৈদা, গৌড়দা, বৃন্দাবনদা লেঙই॥ ১১
চহি তরানীপান চুপ্পা নীলাচলদা লৈ।
মী পুম্নমক্তা কৃষ্ণ-প্রেম-নামামৃত পীদুনা লৈ॥ ১২
প্রভুনা যুমদা লৈবগী লীলাবু আদি কৌই।
মধ্য-অন্ত্যলীলাবু অরোইবা লীলা কৌই॥ ১৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০। চহি কুম্মরিগী মমৈদা—চহি কুম্মরিগী অরোইবা শরুকী রাকচীং থাদা ; পয়ার ১। ৮। ৩২ গী টীকাদা য়েংবিয়ু। চহি কুম্মরিদা লম্বোইরগা চহি কুম্মরি অমনা নীলাচলদা (ক্ষেত্রদা) লৈখি।

১১-১২। মরক্তা—অকোনবগী চহি কুম্মরি অদুগী মনুংদা অহানবা চহি তরুক অদুদি অতোপ-অতোপ্পা মফমদা— ভারতকী খা থংবা মাইকৈদা, বাঙ্গালাদা, বৃন্দাবনচিংবা মফমদা হৃজং-হন্দা লেঙলম্মী। অদুগা মতুংগী অরেম্বা চহি তরানীপান অদুনা প্রভুনা নীলাচলদা অদুম লৈরে।

১৩। মহাপ্রভুগী লীলা অসি শীংথাবদা মথং মনাও নাইনবগীদমক শরুক থরা থাজীলোক্লি। যুমদা লৈবগী—প্রভুনা চহি কুম্মরি যুমদা লৈরম্মী, মতম অদুগী লীলাবু আদি-লীলা কৌই। অদুগা চহি কুম্মরি অমনা লম্বোইরগা লেরম্মী, মতম অদুগী লীলাবু

আদি লীলা মধ্যে প্রভুর যতেক চরিত।
সূত্ররূপে মুরারি গুপ্ত করিলা গ্রথিত ॥ ১৪
প্রভুর যে শেষ লীলা স্বরূপ দামোদর।
সূত্র করি গাঁথিলেন গ্রন্থের ভিতর ॥ ১৫
এই দুই জনের সূত্র দেখিয়া শুনিয়া।
বর্ণনা করেন বৈষ্ণব ক্রম যে করিয়া ॥ ১৬

অর্থ :—

আদি-লীলাগী মনুংদা প্রভুগী লমচৎ পুম্না।
মুরারি গুপ্তনা ইহুনা লৈরম্লে শম্না ।। ১৪
প্রভুগী অরোইবা লীলানা স্বরূপ দামোদরনা।
লাইরিক ওইনা ইহুনা থম্বিরম্লে শম্নপ্না । ১৫
মখোঙ্গী অনিনা ইব'হু যেংহুনা তাহুনা।
থোমজিনজরে বৈষ্ণবনা মথং-মনাও নাইনা ॥ ১৬

গৌর-কৃপা-টীকা

অরোইবা-লীলা কৌই ; অবোইবা-লীলাদা অমুক শরুক অনি থোক্লা থাম্নরিঃ-মধ্য (ময়াইগী) লীলা অমসুং অন্ত্য (অরোইবা) লীলা। লম্বোইরগা চহি তরুক অতোপ-অতোপ্পা মফমদা কোঙ্গচৎ-চৎলিবগী মতম অদুগী লীলাবু মধ্যলীলাবু (ময়াইগী লীলা) কৌই। অদুগা অরেম্বা চহি তরানীপান নীলাচলদা লৈ, মতম অদুগী লীলাবু অরোইবগী লীলা কৌই। মহাপ্রভুগী লীলা পুম্নমক অসিবু অসুম হাঙ্গনা শরুক খাঙ্গদোকুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা শীংথাজরি।

১৪—১৬ লাইরিকলেংবিবিবা কবিরাজ গোস্বামী মশামক্না ই মন মহাপ্রভুগী লীলা উথিদে ; কনাকনাগী মফমদগী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংনবগী মচাক ফংথিবগে হাঙ্গনহু কোংদোকচরি। মুরারি গুপ্তগী খুৎয়ি লাইরিক্তা প্রভুগী আদি-লীলা শম্নপ্না ইহুনা লৈ ; অদুগা স্বরূপ-দামোদরগী খুৎয়ি লাইরিক্তা প্রভুগী অরোইবা-লীলা শম্নপা ইহুনা লৈ। মুরারিগুপ্তনা, প্রভুনা য়ুমদা লৈরিবগী মতমদা প্রভুগা লোইনহুনা নবদ্বীপ্তা লৈরম্মী ; মমখ অদুনা আদি লীলা অসি মহাক্না লোঙ্গনহুনা লৈববনিনা তৌরক-তৌরপদা অউবা

বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর, যৌবন-চারি ভেদ।
অতএব আদিখণ্ডে লীলা চারি ভেদ ॥ ১৭

অর্থ :—

বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর, যৌবন মরিখোন্না।
আদি-খণ্ডদা লৈরে লীলা মরি থাঙ্গনা ॥ ১৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

লীলা অদু ইশিল্লম্মী। অদুগা স্বরূপ-দামোদরসু মহাপ্রভুনা থুনাখিবগী মতম ফাওবা নীলাচলদা প্রভুগা লোয়নদুনা লৈরম্মী; মহাক্না থাজেংশেংবা অদুবা লীলা অদু মহাকী থুংবি লাইরিক্তা অরোইবা লীলাগী শরুক অদু ইদুনা থমজিল্লম্মী; অশেংনা উহৌরবা নীপা অনি অসিনা ইবদগী কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ইননবগী মচাক খোমজিল্লম্মী। অদুগা রঘুনাথ দাস-গোস্বামীনা স্বরূপ-দামোদরগা লোয়ননা লৈদুনা, নীলাচলদা মতম লৈবা খিবিক্তা প্রভুগী সেবা তৌই। অকোনবগী চহি তরানীপান অসি চুম প্রভু অমসুং স্বরূপ-দামোদর থুংগ্রবগী মতুংদদি মহাক (রঘুনাথদাস) শ্রীবৃন্দাবনদা লেংলক্লে; মহাক্না প্রভুগী লোয়নবা ওইদুনা অকোনবগী লীলা অসি তশেং-অশেংনা উগ্রবদি; মহাকী মচিন্দগীসু প্রভুগী অবোইবগী লীলাগী রাবী য়াম্না কবিরাজ গোস্বামীনা তাবা ফংখি। শ্রীরূপ-সনাতনমচিংবা গোস্বামীখিবিক্তসু প্রভুগী লীলা য়াম্না উবা ফংখি, মখোয়গী মচিন্দগীসু কবিরাজ গোস্বামীনা লীলাগী মরমদা রারী য়াম্না তাবা ফংখি। কবিরাজ-গোস্বামীনা, হায়রিবা তশেংনা উহৌরবা ভক্তশিংনা তাকপিরবদগী খোমজিন্নদুনা লাইরিক অসি মপুং ফানা ফজনা ইখি, মাসিদা মহাক্না শাজিনবা অমতা-য়াক্তনে।

মখোয় অনিনা—মুরারিগুপ্ত অমসুং স্বরূপ-দামোদরনা। যেংদুনা—মখোয় অনিনা ইবা অদু য়েংদুনা। তাদুনা—রঘুনাথ দাস-গোস্বামী অমসুং শ্রীরূপ-সনাতনমচিংবগী মকমদগী তারগা।

১৭। শোকপদগী চহি মঙাকাওবগী মতমু বাল্য (অঙাং), চহি তরাগী অমাকোনবগী মতমু পৌগণ্ড (মহৈ তম্বা মতাং), চহি তরামাথোইদগী তরামঙা য়াওবগী মতমু কৈশোর

তথাহি —

সর্ব্বসদগুণপূর্ণাং তাং বন্দে ফাল্গুন পূর্ণিমাম।
যস্যাং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যোঽবতীর্ণঃ কৃষ্ণনামভিঃ ॥ ২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

( মথোক কারকপা মতম—কেনিংবা খওবা মত৭ ), চহি তরামথাগী মতুংদগী যৌবন ( পাথং ) কৌথরে। প্রভুনা পাথংগী মতম ফাওবা যুমদা লৈবম্মী, মবম অসিনা মহাক্কী আদি-লীলাবু ( অহানবা চহি কুমরি ফাওবগী লীলাবু ) বাল্য লীলা, পৌগণ্ড লীলা, কৈশোর লীলা অমসুং যৌবন লীলা কৌহ্না শরুক মরি থোক্না খাঙদোকপা য়াই, মতুংগী মতাং মরিদা লীলা মরি অসি মথংশিংনা ইজরি। ( তবাহুমদোই শুবা মতাংদা প্রভু পোকপগী লীলা শীংথাজরি। তৌইগুম্বসুং ভগবান্দি কৈদৌঙেদসু পোকপা লৈতে পোকহল্লিবা অসিবু মহাক্কা লীলা অমনি।

শ্লো। ২। অন্বয়। সর্ব্বসদগুণ পূর্ণাং ( অফবা গুণ পূম্নমক্ক তিল্লবা ) তাং ( অদুম ওইবা ) ফালগুন পূর্ণিমাং ( ফৈবেন থাগী পূর্ণিমাবু ) বন্দে ( খুকমজরি ), যস্যাং ( মাহুদা —ফৈরেণ পূর্ণিমাহুদা) শ্রীকৃষ্ণনামভিঃ (শ্রীকৃষ্ণনামগা লোঈননা) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যঃ (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য) অবতীর্ণঃ ( অবতার তৌখি )।

অনুবাদ। ফৈরেন থাগী পূর্ণিমাদা শ্রীকৃষ্ণ নামগা লোঈননা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অবতার তৌখি, অফবা গুণ পূম্নমক্কা তিল্লবা অদুম ওইবা ফৈরেন পূর্ণিমা তিথিবু খুরুমজরি। ১

শ্রীমন মহাপ্রভুনা পোকপা মতম অসি মী পূম্নমক্কী থমোইদা খওয়্হোদনা মুংঙাইবা অমা পোকখি; করি তৌবদগী মুংঙাইবিবনো হাঈবা অহু অহানবদদি কনাসু খওনরমদে, মুংঙাইবা অহুনা মরম ওইহুনা ভক্তশিংনা লৈক লৈকবা মকমদা জগোই শাহুনা শ্রীনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরম্মী। ( মতুংগী পয়ার ৯৪—১০২গী টীকাদা য়েংবিয়ু। ) থোইদোকপা অমাদি মুমিং অহু চন্দ্রগ্রহণসু তৌরম্মী, মাহুগী মরম ওইনসু নবদ্বীপ্তা লৈবা মী অয়াবনা শ্রীকৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরম্মী, মতৌ অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তনগী মরক্তা প্রভুনা থোকংলোকখি। লাইরিক অমা অনিদা মথক্কী শ্লোক অসিগী মহু মথাদা ইজরিবা শ্লোক অনি অসি ইবা য়াওই —"বৈবস্বতমনোরষ্টা বিংশকে যুগ সন্ধকে। চতুর্দ্দশ শতাব্দে

ফাল্গুন পূর্ণিমা সন্ধ্যায় প্রভুর জন্মোদয়।
সেই কালে দৈবযোগে চন্দ্রগ্রহণ হয় ॥ ১৮
হরি হরি বোলে লোক হরষিত হঞা।
জন্মিলা চৈতন্য প্রভু নাম জন্মাইয়া ॥ ১৯

অর্থ :—

কৈরেন পূর্ণিমা সন্ধ্যাদা মহাপ্রভু পোকই।
মতম্‌দু লাই-নোংমমদগী চন্দ্রগ্রহণ তৌই ॥ ১৮
মী পুম্নমক 'হরি হরি' শোল্লী হরাওদুনা।
শ্রীচৈতন্য প্রভু পোক্লে নাম পোকহন্দুনা ॥ ১৯

গৌর-কৃপা-টীকা

বৈ সপ্তবর্ষ সমন্বিতে ॥ ভাগীরথীতটে রম্যে শচীগর্ভ মহার্ণবে। রাহুগ্রস্তে পূর্ণিমায়াং গৌরাঙ্গঃ প্রকটো ভবেৎ ॥" অনুবাদ—বৈবস্বত-মনুগী যুগ কুন্নিপান্দা শতাব্দী নীশিং অমা চামরি শুপ্তা তরেৎতা পুক্কি, হুরবা ভাগীরথী তুরেন মপান্দা শচীগীগর্ভ মহাসিন্ধুদা, রাহুনা উম্লবা পূর্ণিমা তিথিদা শ্রীগৌরাঙ্গ ফোংদোকখি।

মনুনা পানবা মতমু মন্বন্তর কৌই, তরেৎ শুনা মনুগী মমিংদি বৈবস্বত-মনু কৌই; হৌজিক বর্তমান্দা মহাক্না পানবা মতম্নি; মরম অমুনা হৌজিক বৈবস্বত-মন্বন্তরনা চৎনরি। মন্বন্তর অমমমগী মনুংদা যুগ হুকতবা মাখোই লৈ (১।৩।৫-৮ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু)। হৌজিক বৈবস্বত-মন্বন্তরগী মতৌ অমুম্না যুগ মরি কুন্নরেৎলক হৌগ্রগা কুন্নীপান শুবকপা যুগ মরিগী মনুংচনবা কলি যুগ অসিদা মহাপ্রভু ফোংলরে (আবির্ভাব ওইরে)। শকাব্দ মশী' থীবদা শক (শোক) ১৪০৭ কী কৈরেন থাগী পূর্ণিমা তিথিদা ইবুংঙোনা মহাক ফোংদোকই। মুমিং অসি পূর্ণিমা খোকুন চন্দ্রগ্রহণ তৌই। গঙ্গাগী তুরেন মপান্দা শ্রীনবদ্বীপ্তা শচীমাতাগী গর্ভদা ইবুংঙো মহাক্না আবির্ভাব ওই। অহান্না লাইরিক্কদি শ্লোক অনি অসি য়াওদে হায়দুনা ঐখোয়মু লাইরিক মথং-মনাও নাইনা ইরকপদা য়াওহন্দরে।

১৮-১৯। সন্ধ্যাদা—নুমিৎদা। নাম পোকহন্দুনা—অমুনা পোকপা মতম অসি মী পুম্নমক হরিনাম কীর্তন তৌরমী। হরিনাম-কীর্তন তৌরিবনিমু প্রভুগী ইজিংনা তৌরমনি;

জন্ম বাল্য পৌগণ্ড কৈশোর যুবাকালে।
হরিনাম লওয়াইলা প্রভু নানা ছলে॥ ২০
বাল্যভাবচ্ছলে প্রভু করেন ক্রন্দন।
কৃষ্ণ হরিনাম শুনি রহয়ে রোদন॥ ২১
অতএব 'হরিহরি' বোলে নারীগণ।
দেখিতে আইসে যেবা সব বন্ধুজন॥ ২২
'গৌরহরি' বলি তাঁরে হাসে সর্ব্ব নারী।
অতএব হৈল তাঁর নাম, 'গৌরহরি'॥ ২৩

অর্থ :—

পোকপা অঙাং পৌগণ্ড কৈশোর পাথং মতমদা।
হরিনাম শোলহল্লী লৌনম মখল-মখল তৌবদা॥ ২০
অঙাং ওইরিঙৈদা প্রভুনা কপশিন্নখি।
কৃষ্ণ হরিনাম তান্নগা কপ্পা অহু ফখি॥ ২১
মরম'সিনা নুপীশিংনা 'হরি হরি' শোল্লী।
যেংবলাকপা মরূপ-মপাং পুম্নমক্ শোল্লী॥ ২২
নুপীশিংনা মাবু 'গৌরহরি' হাঙ্গৈরগা নোকই।
মরম অহুদা মাগী মমিং 'গৌরহরি' কৌই॥ ২৩

---

## গৌর কৃপা টীকা

মরম অহুনা হাঙ্গৈরিবনি—হরিনাম পোকহন্দুনা (মীগী মচিন্দা কীর্ত্তন তৌহন্দুনা) প্রভু মশানা পোক্লরে।

২০। পোকপা মতমদা প্রভুনা মীবু হরিনাম কীর্ত্তন তৌহনখি; মতৌ অম্মা লৌনম ঙাম্না তৌহনা অঙাং, পৌগণ্ড, কৈশোর অমসুং পাথংগী মতমদসু মীবু হরিনাম শোলহনখি। মীবু হরিনাম শোলহনগে হাঙ্গৈবগীদমক প্রভুনা আবির্ভাব ওইবনি (পোকপনি)।

২১-২৩ প্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদা মীবু মতৌ কয়ম্না হরিনাম শোলহনবগে হাঙ্গৈবহ উচ্চরি। অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদদি মী পুম্নমকসু কপই, প্রভুসু কপই; তৌইগুমসুং কপ্লিঙৈগী মতম অহুদা মহাক্কী মনাক্তা কনাগুম্বনা 'হরি হরি' হাঙ্গৈরবদি প্রভুনা কপ্পা অহু কৈ; মরম অহুনা ইবুংঙোনা কপ্পা থেংনরবদি নুপীশিংনা 'হরি হরি' শোল্লী; অহুগা ইবুঙোনা হরিনাম তা-বদা নুংঙাইবা ফংই হাঙ্গৈবসি উরগা—মাবু য়েংবা লাকপা নীশিংসু

বাল্য-বয়স যাবৎ হাথে খড়ি দিল।
পৌগণ্ড-বয়স যাবৎ বিবাহ না কৈল ॥ ২৪
বিবাহ করিলে হৈল নবীন যৌবন।
সর্ব্বত্র লওয়াইল প্রভু নাম সঙ্কীর্ত্তন ॥ ২৫
পৌগণ্ড-বয়সে পড়েন, পড়ান শিষ্যগণে।
সর্ব্বত্র করেন কৃষ্ণনামের ব্যাখ্যানে ॥ ২৬

অর্থ:—

লাইরিক তম্বা হৌই অঙাং ওইরিবৈগী মতমদা।
লুহোংখিদে পৌগণ্ডগী চহি মতাংদা ॥ ২৪
লুহোংবদি পাম্বকারবা মতমদনি।
প্রভুনা মফম খুদিং নাম-সঙ্কীর্ত্তন তৌহনবনি ॥ ২৫
পৌগণ্ডগী মতাংদা শিষ্যশিংবু লাইরিক তম্বি।
মফম খুদিংদা কৃষ্ণনামগী ব্যাখ্যা তম্বি ॥ ২৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

'হরি হরি' শোয়ে। মতৌ অসুম্না কপশিন্নহনা প্রভুনা অঙাং ওইরিবৈদা মীবু হরিনাম [redacted]শোলহল্লী। প্রভুগী কুচুদি ঙৌই; অদুগা হরিনামদা মহাক্না মুংঙাইবা ফংই; মরম অদুনা মুপীশিংনা নোক্না নোক্না-মাবু 'গৌরহরি' হাঙনা কৌই।

২৪-২৫। প্রভুনা অঙাং ওইরিবৈদা, হাঙবদি চহি মঙাগী মতুংদা লাইরিক তম্বা হৌই। অঙাংগী মতম হোৎলগা পৌগণ্ড ওইবনি; পৌগণ্ডগী মতম চহি তরা ফাওবগী মতুং অমদা প্রভুনা লুহোংখিদে। পৌগণ্ডগী মতুংদা চহি তরামঙা ফাওবা কৈশোরনি—কৈশোরগী মতমদসু লুহোংখিদে; কৈশোরগী মতুংদা যৌবন পাথং ফারকপদি পাথবীঃ মতমদা লুহোংখি অমসুং মফম খুদিংদা নাম সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকখি। (১। ১৫। ২ শ্লোকী টীকাসু য়েংবিয়ু।)

২৬-২৮। প্রভুনা পৌগণ্ডগী মতমদা মতৌ করম্না মীবু কৃষ্ণনাম লৌইনবদা মাঙ্গ হাইজরি।

সূত্র বৃত্তি পাঁজি টীকা-কৃষ্ণেতে তাৎপর্য্য।
শিষ্যের প্রতীত হয় প্রভাব আশ্চর্য্য॥ ২৭
যারে দেখে, তারে কহে,—কহ কৃষ্ণনাম।
কৃষ্ণনাম ভাসাইল নবদ্বীপগ্রাম॥ ২৮

অর্থ :—

সূত্র বৃত্তি পাঁজি টীকা কৃষ্ণদা মরূ ওই।
অঙকপা মশুগ অদু শিষ্যনা থাজনা লৌই॥ ২৭
অউ-অউবা মীদা কৃষ্ণনাম শোন্নু হাঙী।
নবদ্বীপগ্রাম অদু কৃষ্ণনাম্না শীন-থুংই॥ ২৮

---

গৌর-কৃপা টীকা

পৌগণ্ডগী মতমদা লাইরিক তম্বা লোইদুনা মশানা টোল (স্কুল) লিংখৎতুনা অদোং-শিংবু লাইরিক তম্বিবা হৌই। (পয়ার ১।১৬।২ দগী খঙবা ঙম্মী—পৌগণ্ডগী মমৈদা কৈশোরদা প্রভুনা শিষ্যশিংবু লাইরিক তম্বিবা হৌই)। মহাক্না ব্যাকরণ শাস্ত্র তম্বি-অতুনা কলাপব্যাকরণ নীংথিনা তম্বি। ব্যাকরণগী সূত্র খুদিংগী ব্যাখ্যা তৌবা অদু শ্রীকৃষ্ণদা পোপ-পোপ তাহল্লী অমসুং মহাকী অঙকপা ব্যাখ্যা তাবগা শিষ্যশিংসু, সুম পুম্নমক্কী মরূদি শ্রীকৃষ্ণ মতোমতনা ওইরে হাঙীনা অরেপ্পা খঙবা ঙম্মী—প্রভুনা মতো অসুম্না অঙকপা শক্তি পুথোক্তুনা তাকপিবা ঙম্মী। পাঁজ—পঞ্জিকা; মাসি কলাপ-ব্যাকরণগী টীকা অমগী মমিংনি। সূত্র, বৃত্তি অসিনচিংবা অসি ব্যাকরণগা মরী লৈনবা মরম কয়া মরূমগী মমিংনি। সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌবদা, বৃত্তিগী ব্যাখ্যা তৌবদা, পাঁজিগী ব্যাখ্যা তৌবদা, প্রভুনা ব্যাখ্যা তৌবা পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা পোপ-পোপ তাহল্লী (শ্রীকৃষ্ণদা লেক-লেক লৌইশিল্লী;) মতৌ অসুম্না ব্যাখ্যা তৌরবগী মতুংদা মশাসু নাম-কীর্ত্তন তৌই, মাহুদা ছাত্রশিং অদুসু তুং ইন্দুনা কীর্ত্তন তৌবা য়াওরে, পৌগণ্ডগী মতমদা মতো অসুম্না মীবু কৃষ্ণনাম [illegible]। (তৌরিবা মতম অসি শ্রীনিমাইনা গুরুগী মযুমদা মহৈ তম্লিরৈগী মতমদা [illegible] জাকলিবনি। স্কুল—টোল লিংখৎপনা মহৈ তম্বা লোইরূপা লিংখৎপনি। মুরারি গুপ্তগী থুংলি লাইরিক্তা অসুম্না ইদুনা লৈ।

কিশোর-বয়সে আরম্ভিলা সঙ্কীর্ত্তন।
রাত্রি-দিনে প্রেমে নৃত্য, সঙ্গে ভক্তগণ॥ ২৯
নগরে নগরে ভ্রমে কীর্ত্তন করিয়া।
ভাসাইল ত্রিভুবন প্রেমভক্তি দিয়া॥ ৩০
চব্বিশ বৎসর ঐছেন নবদ্বীপ গ্রামে।
লওয়াইল সর্ব্ব লোকে কৃষ্ণ প্রেম নামে॥ ৩১
চব্বিশ বৎসর ছিলা করিয়া সন্ন্যাস।
ভক্তগণ লঞা কৈল নীলাচলে বাস॥ ৩২
তার মধ্যে নীলাচলে ছয় বৎসর।
নৃত্য-গীত প্রেমভক্তি-দান নিরন্তর॥ ৩৩

অর্থ :—

কিশোর চহি মতাংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌবা হৌই।
ভক্তশিংগা লোঈননা অহিং-নুংথিন জগোই শাই।। ২৯
খুল্লক-লৈরক্তা মুংঙাইনা কীর্ত্তন তৌহনা।
মরোল অহুম মুংঙাইহল্লী প্রেম ভক্তি পীহনা।। ৩০
অসুম্মা চহি কুম্মবি নবদ্বীপ লমদমদা।
মী পুম্মকপু চিংশিল্লে কৃষ্ণপ্রেম-নামদা।। ৩১
মতুং চহি কুম্মরি লম্বোইচুনা লেরম্মী।
ভক্তশিংগা লোঈননা নীলাচলদা লেল্লম্মী।। ৩২
মাত্থগী মমুংদা চহি তরুক নীলাচলদা।
জগোই-ঈশৈ প্রেমভক্তি-দান তৌই মতম খুদিংদা।। ৩৩

গৌর-কৃপা-টীকা

২৯-৩১। কৈশোর অমসুং যৌবন ( পাথং ) গী মতম চহি কুম্মরি অসি প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌহনা সঙ্কীর্ত্তনগী রসতা মী পুম্মকপু চিংশিন্দুনা মুংঙাইহল্লী। ভক্তশিং-ভাবকশিং অসি কাওবা প্রভুগী আদি-লীলাগী মথং-মনাও হাঈজরে।

৩১-৩৪। চহি কুম্মরিগী মতুংদা, অন্তর্ধ্যানগী ( থুপাবিবগী ) মতম কাওবা প্রভুনা মতৌ করম্না মীতোল্দা হরিনাম লোহনবগে হাঈবহু, পয়ার ৩২-৪১ দা অন্ত্যলীলা ( অরোইবা লীলা ) গী মরম হৌজরি।

সেতুবন্ধ আর গৌড় ব্যাপি বৃন্দাবন।
প্রেম নাম প্রচারিয়া করিলা ভ্রমণ॥ ৩৪
এই 'মধ্যলীলা' নাম লীলা মুখ্যধাম।
শেষ অষ্টাদশ বর্ষ 'অন্ত্যলীলা' নাম॥ ৩৫
তার মধ্যে ছয় বর্ষ ভক্তগণ-সঙ্গে।
প্রেম ভক্তি লওয়াইলা নৃত্য-গীত-রঙ্গে॥ ৩৬
দ্বাদশ বৎসর শেষ রহিলা নীলাচলে।
প্রেমাবস্থা শিখাইলা আস্বাদনচ্ছলে॥ ৩৭

অর্থ :—

সেতুবন্ধ গৌড় লৈবাক বৃন্দাবন শীন-থুংনা।
প্রেমনাম শন্দোক্লম্মী মফম খুদিং কোইহনা॥ ৩৪
মাসিনা 'মধ্যলীলা' কৌই—লীলা মরূনি।
মতুং চহি ভরানীপান্না 'অরোইবা লীলা'নি॥ ৩৫
মাহুগী চহি তরুক্লা ভক্তগা লোয়নহনা।
ঈশৈ-জগোই তৌই প্রেমভক্তি লৌহন্দুনা॥ ৩৬
মতুংগী চহি ভরানিথোই নীলাচলদা লৈ।
প্রেম চাশিন্নরগা প্রেমগী মওং ভম্বিহনা লৈ॥ ৩৭

---

গৌর-কৃপা-টীকা

লম্বোইরবগী চহি কুম্মরিগী মমুংদা অহানবা চহি তরুক অসিদা সেতুবন্ধ ফাওবা ভারতবর্ষগী খা-থংবা মাইকৈ, বাঙ্গালা লৈবাক অমসুং নোংচুপ্পা বৃন্দাবন ফাওবা মশানা চত্থুনা অমসুং অহাংবা মতমদনা নীলাচলদা লৈরগা মশানা জগোই শাহনা কীর্ত্তনচিংবা তৌহনা মী পুম্নমকপু হরিনাম লৌহল্লী অমসুং কৃষ্ণপ্রেম দান তৌবিখি।

৩৬-৩৭। লম্বোইরবা চহি কুম্মরিগী মমৈথংবা চহি ভরানীপান অহুদি প্রভুনা নীলাচল ভংনবা লৈতনা লৈরে; মাহুগী মমুংদা অমুক অহানবা চহি তরুক্লা ভক্তশিংগা লোয়নহনা জগোই শাবা ঈশৈ শকপনচিংবা তৌই অমসুং মাহুগী মরমদা মী পুম্নমকপু প্রেম ভক্তি চংহল্লী। ভক্তোনবগী চহি ভবানিথোইদি মহৌশাগুম্না মপান্দা থোনাক্লু

রাত্রি-দিবসে কৃষ্ণবিরহ স্ফুরণ।
উন্মাদের চেষ্টা করে প্রলাপ-বচন ॥ ৩৮

অর্থঃ—

অহিং নুংথিন্দা কৃষ্ণ উননীংবগী চাকপা।
অঙাওবগী মতৌওম্না তেংথাবা কপা ॥ ৩৮

---

গৌর-কৃপা-টীকা

জগোই শাবা ঈশৈ শকপা তৌখিত্রে—পোথাবা লৈতনা রাধা ভাব-তা চঙহুনা প্রভুনা নুংবংনহুনা লৈ, রাধা ভাব-তা চঙহুনা লৈবা অহুনা (হায়বদি প্রভু মশা অহু রাধানি হায়না রাখল তৌবা মরম্মা) মতম লৈবা খিবিক্তা ইবুংঙোগী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণ উননীং-বগী রাখত্তা খল্লুনা লৈ; রাখন অহুদগী ঙাওহুনা তেংথাবা, মতোমদা মুকম-মুরুম শোনবন-চিংবা তৌহুনা অহিং-নুংথিন লেম্লী। শ্রীকৃষ্ণপ্রেম্না ভক্তগী থমোইনুংদা অমসুং মপান্দা কয়ম-কয়রা ফিবম পুশিল্লকপগে হায়বহু, প্রভুনা অকোনবগী চহি তম্লানিথোইদা শাম্নরিবা লীলা পুম্নমক অসিদা উৎতুনা তাক্লি।

প্রেমগী মওং তম্বিত্নমানচিংবা—প্রভুগী থমোইনুংদা অমসুং মপান্দা কৃষ্ণপ্রেমগী খুদম মওং পুম্নমক কাওরকপা অহু, জীবদা উহনগে হায়বগী মরমদা প্রভুনা পুম্নমক প্রভু কোংদোক্লে; মাহুগী মথক্তা অমুক মহাভাব-তা চংহুনা প্রভু মশানা কৃষ্ণপ্রেমগী মপান নাইদবা অঙকপা রস অহু চাখি; মাহুগী ফোলনা (ফল্লা) মশা মতোমতনা প্রভুগী থমোইনুংদা অমসুং মপান্দা প্রেমবিকার (প্রেমগী খুদম) পুম্নমক কাওখি—খুদম মওং পুম্নমক অসি প্রভুগী খুশীনা তৌবা নত্তে, কনাসু মরম্মাই খুশীনা মতৌ অসুম্না (থেন্নুগী মওং মালহনবা, থোঙ-খুৎনচিংবগী তাং অশাংবা-অচৌবা অসিবু পিকসিন্নকুনা কাপমুক্তা তাইশিল্লকপা অসিবু) তৌবা ঙম্লোই, ঙম্বসু হৌনদে। প্রেম ফাওবকপগী শক্তি অহুনা মশা মতোমতনা, ফিবম মওং পুম্নমক অসুম্না ফোংদোরকপনি, থেন্নু মানবানচিংবা মওং পুম্নমক্তি উরগা মী পুম্নমক্না প্রেমগী খুদমদি (মওংদি) মতৌ অসুম্না তৌবোরে হায়না খনবা ঙম্নী।

৩৮। অঙাওবগী মতৌওম্না—প্রেম্না ঙাওরবী শ্রীরাধাগী মতৌওম্না তৌই (শ্রীমহা [illegible])।

শ্রীরাধার প্রলাপ যৈছে উদ্ধব দর্শনে।
সেইমত উন্মাদ-প্রলাপ করে রাত্রি-দিনে॥ ৩৯
বিদ্যাপতি জয়দেব চণ্ডীদাসের গীত।
আস্বাদেন রামানন্দ স্বরূপ-সহিত॥ ৪০
কৃষ্ণের বিয়োগে যত প্রেম চেষ্টিত।
আস্বাদিয়া পূর্ণ কৈল আপন বাঞ্ছিত॥ ৪১

অর্থ :—

উদ্ধব উবদা শ্রীরাধানা তেংথাবগুম্না।
অহিং মুংথিন কপ্পী মতৌ অহুম্না ঙাওহুন্না॥ ৩৯
বিদ্যাপতি জয়দেব চণ্ডীদাসকী ইশৈ'হু।
রামানন্দ স্বরূপকা লোঈননা চুপই ম্নাহু॥ ৪০
কৃষ্ণ কাঈনবদা প্রেমগী মৈচাক ফাওখিবা অহুক।
রস চুপ্নচা মপুং ফাই মানা পামজবা অহুক॥ ৪১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৯। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙথ্রবা মতমদা, ইবুঙোগী পাও পুহুনা উদ্ধবনা ব্রজদা লাক্নুনা শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংগা উনখি, মতম অহুদা মাবু উরগা শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক অহু ফাওরকুনা অঙাওবীগী মতৌগুম্না শ্রীরাধানা কপ্পা তেংথাবনচিংবা তৌখি, মহাপ্রভুনা লম্বোইরবগী মতুংদা অকোনবগী চহি তরানিথোইদি নীলাচলদা লৈবদা, রাধা ভাবতা চংখিহুনা কৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক অহু ফাওরকুনা; শ্রীরাধাগী মতৌগুম্না ঙাওহুনা কপ্পা তেংথাবনচিংবা ফোংদোকখি। চাউরবা মপান নাইত্রবা সমুদ্রনা খা হেক থোরকপদা তুমিন্না লৈবা ওমদে, হেক ঈথক কারকুই, অহুগুম্না সাধুশিংনা কৃষ্ণবু মুংশিবগী রাখন হেক তৌরুবদা তুমিন্না লৈবা ওমদে, হেক্না মকপ্পক্রে; খাওহুনা লৈবা ওমদে। উদ্ধব উবদা শ্রীরাধানা তেংথাবা অসি শ্রীমদ্ভাগবত, ভ্রমর গীতা (১০মস্কন্ধ ৪৭ অধ্যায়দা য়াওরি) অমসুং শ্রীমন মহাপ্রভুনা রাবনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অন্ত্যলীদা (অরোইবা তরক্তা) শন্দোক্না ইবি, মধ্য-লীলাদসু খরা য়াওরি। উদ্ধব উবদা—উদ্ধব উনরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মৈচাক ফাওরকপা।

৪০। মপানগী জ্ঞান লৈরিঙৈগী মতমদা, মহাপ্রভুনা স্বরূপ-দামোদর অমসুং শ্রীরামানন্দগা লোঈননা বিদ্যাপতি অমসুং চণ্ডীদাসকী পদাবলী অমসুং জয়দেবকী শ্রীগীত গোবিন্দগী ইশৈগী রস চুপই।

অনন্ত চৈতন্য লীলা ক্ষুদ্র জীব হঞা।
কে বর্ণিতে পারে তাহা বিস্তার করিয়া ? ॥ ৪২
সূত্র করি গণে যদি আপনে অনন্ত।
সহস্র বদনে তেঁহো নাহি পায় অন্ত ॥ ৪৩
দামোদর স্বরূপ আর গুপ্ত মুরারি।
মুখ্য মুখ্য লীলা সূত্রে লিখিয়াছে বিচারি ॥ ৪৪
সেই অনুসারে লিখি লীলা-সূত্রগণ।
বিস্তারি বর্ণিয়াছেন তাহা দাস বৃন্দাবন ॥ ৪৫
চৈতন্য লীলার ব্যাস বৃন্দাবন দাস।
মধুর করিয়া লীলা করিলা প্রকাশ ॥ ৪৬
গ্রন্থ বিস্তার ভয়ে তেঁহো ছাড়িল যে যে-স্থান।
সেই সেই স্থানে কিছু করিব ব্যাখ্যান ॥ ৪৭

অর্থ :—

চৈতন্যলীলা মপান নাইদে—অপিকপা জীবনা।
কনানা শীংথাবা ঙমগনি যাহ্ শন্দোক্না ॥ ৪২
শ্রীঅনন্ত মশানা শম্না শীংথারিবনি।
চাীন লিশিং অমনা লোঙ্গনবা হাঙ্গবা ঙমদবনি ॥ ৪৩
দামোদরস্বরূপ অমূগা মুরারি গুপ্তনা।
মরূ মরূ ওইবা লীলা ইরম্মী সূত্রনা ॥ ৪৪
মাহুগী মতুংইন্না লীলা সূত্রশিং ইবনি।
বৃন্দাবন দাসনা শন্দোক্না মাহ্ ইখ্রবনি ॥ ৪৫
চৈতন্য লীলাগী ব্যাসতি বৃন্দাবন দাসনি।
নিংথীজনা লীলা অসি ফোংদোকখ্রবনি ॥ ৪৬
লাইরিক চাউখিনি হাঙ্গহুনা থাদোক্লবা মহ্।
খজিক্কুং শীংথাজগে রাংথিবা শরুক অমহ্ ॥ ৪৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৪। মুরারি গুপ্তনা প্রভুগী আদি-লীলা অমসুং স্বরূপ দামোদরনা প্রভুগী অন্ত্যলীলা মথোঙ্ক-মথোঙ্কগী মথুংনা সূত্রগী মওংদা শম্না ইহনা থম্মী।

প্রভুর লীলামৃত তেঁহো কৈল আস্বাদন।
তাঁর ভুক্তশেষ কিছু করিয়ে চর্ব্বণ॥ ৪৮
আদি-লীলার সূত্র লিখি শুন ভক্তগণ।
সংক্ষেপে লিখিয়ে, সম্যক না যায় লিখন॥ ৪৯
কোন বাঞ্ছা পূর্ণ লাগি ব্রজেন্দ্রকুমার।
অবতীর্ণ হৈতে মনে করিলা বিচার॥ ৫০
আগে অবতারিলা যে-যে গুরু পরিবার।
সংক্ষেপে কহিয়ে, কহা না যায় বিস্তার॥ ৫১
শ্রীশচী জগন্নাথ শ্রীমাধব পুরী।
কেশব ভারতী আর শ্রীঈশ্বর পুরী॥ ৫২
অদ্বৈত-আচার্য্য আর পণ্ডিত শ্রীবাস।
আচার্য্য নিধি বিদ্যানিধি ঠাকুর হরিদাস॥ ৫৩

অর্থ :—

প্রভুগী লীলা অমৃত মহাক্না চাখিবত্থ।
খজিক্তং চাজরি মহাকী অরেম্বা অহু॥ ৪৮
আদি লীলাগী সূত্র তাবিয়ু ভক্তশিংনা।
মপুং ফানা ইবা ঙমদে ইজরে শম্নপ্না॥ ৪৯
কৃষ্ণনা অনীংবা অমা থুংনবগীদমক।
পুক্লিংদা অবতাব তৌগে খল্লে মাহুগীদমক॥ ৫০
অহানবদা গুরুনচিংবা পোকহনখবে।
শম্দোক্না হাঙ্গজদরে শম্নপ হাঙ্গজরে॥ ৫১
শ্রীশচী জগন্নাথ শ্রীমাধব পুবী।
কেশব ভারতী অহুগা শ্রীঈশ্বব পুরী॥ ৫২
অদ্বৈত-আচার্য্য অহুগা পণ্ডিত শ্রীবাস।
আচার্য্য নিধি বিদ্যানিধি ঠাকুর হরিদাস॥ ৫৩

---

## গোর-কৃপা-টীকা

৫০—৫১। অনীংবা অমা—"শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা" নচিংবা ১।১।৬ শ্লোকা হাইরিবা তিন বাঞ্ছা (অপাম্বা অহুম)। গুরুনচিংবা—গুরুগী কাংবু অমসুং মথোক্তগী

শ্রীহট্টনিবাসী শ্রীউপেন্দ্র মিশ্র নাম।
বৈষ্ণব পণ্ডিত ধনী সদ্‌গুণ প্রধান॥ ৫৪
সপ্ত মিশ্র তাঁর পুত্র সপ্ত ঋষীশ্বর।
কংসারি পরমানন্দ পদ্মনাভ সর্ব্বেশ্বর॥ ৫৫
জগন্নাথ জনার্দ্দন ত্রৈলোক্যনাথ।
নদীয়াতে গঙ্গাবাস কৈল জগন্নাথ॥ ৫৬

অর্থ :—

উপেন্দ্র মিশ্র অসি শ্রীহট্টা লৈধনি।
ফজবা গুণ চেনবা লললৈবা বৈষ্ণব পণ্ডিতনি॥ ৫৪
মাগী মচা তরেৎ মায়ে তরেৎ ঋষীশ্বর।
কংসারি পরমানন্দ পদ্মনাভ সর্ব্বেশ্বর॥ ৫৫
জগন্নাথ জনার্দ্দন ত্রৈলোক্যনাথ।
নদীয়াদা গঙ্গামপান্দা লৈয়ে জগন্নাথ॥ ৫৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

লোইনবাশিং, তিন্নবশিং। শ্রীমন মহাপ্রভুনা মশা অবতার তৌভ্রিজৈগী মমাংদা মহাকী গুরুশিংবু অবতার তৌহল্লী (পোকহল্লী)। শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলাদি অচম্বা মীগী লীলানি; অচম্বা জগৎতদি মপা-মমানচিংবা গুরু ওইবনা হায়া পোকই; মরম অদুনা মহাপ্রভুসু মীগী লীলা শারবা সিদ্ধ ওইনবগী মহাকী মপা-মমানা হায়া পোকহল্লে।

গুরুশিংগী মমুংদা হায়া পোকখিবাশিং অদুগী মমিংদি মথাগী পয়ার ৫২—৫৩দা ইজরি।

৫২—৫৩। শ্রীশচী—জগন্নাথ—শ্রীশচী মাতা অমসুং শ্রীজগন্নাথ মিশ্র; মখোই পোকপগী ৱাদি পয়াব ৫৬—৫৮ দা লৈরে। শ্রীমাধবপুরী—লৌকিক (অচবা) লীলাদা প্রভুগী পরম গুরুনি। কেশব ভারতী—লৌকিক লীলাদা প্রভুগী সন্ন্যাসগী গুরুনি। শ্রীঈশ্বরপুরী—লৌকিক লীলাদা প্রভুগী দীক্ষা গুরুনি।

৫৪—৫৬। শ্রীহট্টকী থাথংবা মাইকৈদা লৈবা চাকাদা শ্রীউপেন্দ্র মিশ্র পোকই; মহাকী মচা তরেৎ লৈরগী—মমিংদি ১। কংসারি, ২। পরমানন্দ, ৩। পদ্মনাভ,

জগন্নাথ মিশ্রবর-পদবী 'পুরন্দর' ।
নন্দ-বসুদেব-রূপ সদ্গুণ-সাগর ॥ ৫৭
তাঁর পত্নী শচী নাম পতিব্রতা সতী ।
যাঁর পিতা-নীলাম্বর নাম চক্রবর্ত্তী ॥ ৫৮
রাঢ়-দেশে জনমিল ঠাকুর নিত্যানন্দ ।
গঙ্গাদাস পণ্ডিত, গুপ্ত মুরারি, মুকুন্দ ॥ ৫৯

অর্থ :—

জগন্নাথ মিশ্রবর—কমদি 'পুরন্দর'নি ।
নন্দ-বসুদেবগুম্না গুণগী সাগরনি ॥ ৫৭
মহাকী মুপীগী মমিংদি শচী কৌই ।
মপাগী মিংদি নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী কৌই ॥ ৫৮
রাঢ়দেশতা পোকই ঠাকুর নিত্যানন্দ ।
গঙ্গাদাস-পণ্ডিত, গুপ্ত মুরারি, মুকুন্দ ॥ ৫৯

গৌর-কৃপা-টীকা

৪ । সর্ব্বেশ্বর, ৫ । জগন্নাথ, ৬ । জনার্দ্দন, অমসুং ৭ । ত্রৈলোক্যনাথ । মখোইগী মসুংদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রদি পজা মপান্দা লৈনীংঙনা নবদ্বীপ্তা যুম হোংলক্লে ; হাইরিবা জগন্নাথ মিশ্র অসি শ্রীমন মহাপ্রভুগী মপানি অমসুং উপেন্দ্র মিশ্রনা মপুবোক্নি । ঋষি তরেৎ— মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু অমসুং বশিষ্ঠ মী তরেৎ অসি সপ্তর্ষি কৌই । উপেন্দ্র মিশ্রগী মচা তরেৎকা মান্নে ।

৫৭ । কমদি—উপাধিদি । নন্দবসুদেবনচিংবা—জগন্নাথমিশ্র অসি নন্দ অমসুং বসুদেবগী মতৌগুম্না গুমথৈ লৈতনা গুণ লৈরম্মী । দ্বাপর-লীলাগী শ্রীনন্দ মহারাজনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র ওইনা পোক্লে, শ্রীবসুদেবসু শ্রীজগন্নাথ মিশ্রদা চংখ্রে ।

৫৮ । দ্বাপর-লীলাগী শ্রীযশোদা মাতানা শ্রীশচী দেবী ওইনা পোক্লে অমসুং শ্রীদেবকী দেবীসু মাতোন্দা চংলে ।

৫৯ । রাঢ়-দেশে—রাঢ়-দেশকী-এক্চক্রা থোংবা মুক্তা ; অদোমকী বীরভূম জিল্লাদা ।

অসংখ্য নিজ ভক্তের করাঞা অবতার।
শেষে অবতীর্ণ হৈলা ব্রজেন্দ্র কুমার॥ ৬০
প্রভুর আবির্ভাব পূর্ব্বে সর্ব্ব বৈষ্ণবগণ।
অদ্বৈতাচার্য্যেরস্থানে করেন গমন॥ ৬১
গীতা ভাগবত কহে আচার্য্য গোসাঞি।
জ্ঞানকর্ম্ম নিন্দা করে ভক্তির বড়াঞি॥ ৬২
সর্ব্বশাস্ত্রে কহে কৃষ্ণ ভক্তির ব্যাখ্যান।
জ্ঞানযোগে কর্ম্মযোগ নাহি মানে আন॥ ৬৩
তাঁর সঙ্গে আনন্দ করে বৈষ্ণবগণ।
কৃষ্ণপূজা কৃষ্ণকথা নাম সংকীর্ত্তন॥ ৬৪

অর্থ :—

মশিং নাইদবা ভক্ত অবতার তৌহনখয়ে।
মমৈথংদা ব্রজেন্দ্রকুমার অবতার তৌরে॥ ৬০
বৈষ্ণব পূমমক্না মহাপ্রভু পোক্‌ত্রিভৈদা।
চংলি শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মফমদা॥ ৬১
আচার্য্য গোসাঞিনা গীতা ভাগবত তৌই।
জ্ঞান কর্ম্মবু নিন্দা তৌরগা ভক্তিবু শীংথাই॥ ৬২
শাস্ত্র পূমমক্তা কৃষ্ণ ভক্তিনা অথোইবনি।
জ্ঞানযোগ কর্ম্ম যোগনচিংবা অতৈদি কায়দবনি॥ ৬৩
বৈষ্ণবশিংনা মাগা তিন্নরগা নুংঙাইবনি।
কৃষ্ণপূজা কৃষ্ণকথা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌই॥ ৬৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৬১-৬৩। শ্রীমন মহাপ্রভু আবির্ভাব ওইত্রিদৈ (পোক্‌ত্রিভৈদা) শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মফমদা মতম অদুদা নবদ্বীপ্তা লৈবা বৈষ্ণবশিং তিন্নদুনা ভাগবৎকী মরমদা ঋাগী ঋাতাই শাহনা থরে। শ্রী অদ্বৈত আচার্য্যনা গীতা ভাগবতনচিংবগী ব্যাখ্যা তৌবদা জ্ঞান অমসুং কর্ম্মদগী ওক্তিনা অথোইবনি হাইনা শীংথাই অমসুং অতোপ-অতোপ শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা তৌবদসু কৃষ্ণ ভক্তিনা অথোইবনি হাইনা উত্‌লা বৈষ্ণবশিংগী নুংঙাইনবা শীরিদী।

কিন্তু সর্ব্বলোক দেখি কৃষ্ণ বহির্ম্মুখ।
বিষয়নিমগ্ন লোক দেখি পায় দুঃখ॥ ৬৫
লোকের নিস্তার হেতু করেন চিন্তন।
কেমনে এ সর্ব্বলোকের হইবে তারণ?॥ ৬৬
কৃষ্ণ অবতারি করে ভক্তির বিস্তার।
তবে সে সকল লোকের হইবে নিস্তার॥ ৬৭
কৃষ্ণাবতারিতে আচার্য্য প্রতিজ্ঞা করিয়া।
কৃষ্ণ পূজা করে তুলসী-গঙ্গাজল দিয়া॥ ৬৮
কৃষ্ণের আহ্বান করে সঘন হুঙ্কার।
হুঙ্কারে আকৃষ্ট হৈলা ব্রজেন্দ্রকুমার॥ ৬৯

**অর্থ :—**

তৌইগুম্লসুং কৃষ্ণ নীংদবা পুম্নমকপু।
উরগা রারি, মায়াদা পুক্লিংচংবা খিবিকপু॥ ৬৫
লানবিননগী মরমদা বৈষ্ণবশিংনা খনবনি।
মী পুম্নমকপু মতৌ করম্না লানবিগনি?॥ ৬৬
ভক্তি শন্দোকপিরবদি কৃষ্ণ ইবুংঙোনা।
অরান-খুবম ফংজগনি মী পুম্নমক্না॥ ৬৭
আচার্য্যনা কৃষ্ণ অবতার তৌহন্নীংহনা।
কৃষ্ণ পূজা তৌই তুলসী গঙ্গাজলনা॥ ৬৮
লাউনা-লাউনা তোঙ্গনা নোঙ্গনা কৃষ্ণবু কৌরে।
ব্রজেন্দ্রকুমার অদু লাউনা কৌবদা তারে॥ ৬৯

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৬৫-৬৭। মতম অদুগী মী-শিং অদু অয়াম্বনা বিষয়দা (মায়াদা) পুক্লিং চংহনা কৃষ্ণ কাউরম্মী; মাদু উনগা বৈষ্ণবশিংনা মখোইগীদমক য়াম্না রারী, মতৌ করম তৌবগা মী পুম্নমক অসিবু লানবিবা ঙমগদগে. করম তৌরগা কৃষ্ণবু থাজদবা অসি কোক্কদগে, হাঙ্গনসিগী মরমদা বৈষ্ণবশিংনা চিন্তা তৌনা-তৌনা মখোঙ্গনা কার লেপ্লবগে হাঙ্গবদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার অমুক্তং তৌবিরক্তনা ভক্তি শন্দোকপিববদি মী পম্নমক অসি উদ্ধার ওইবা য়াই (লানবা য়াই) হাঙ্গনা লেপ্লে। বাহৈ খবা অসিনা ফোংদোক্লিবা অসিদি :— মতম অদুদা ধর্ম্ম অসি য়াম্না ময়াংকংহনা মুৎলি-মুৎলি তৌরে হাঙ্গনা ফোংদোকই। অদুনা ধর্ম্ম মশা নোঙ্গননগীদমক কৃষ্ণনা অবতার অমুক্তং তৌবিবগী দবকার ওইরম্মি।

৬৮—৬৯। বৈষ্ণবশিংনা মোং (মত) চপমান্নবা লেপ্লরে. স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌহনা ভক্তি শন্দোকপিরগা জগৎ উদ্ধার ওইবা (অন্নাবা কোকপ) ঙমগনি, মতম

জগন্নাথমিশ্র পত্নী-শচীর উদরে।
অষ্টকন্যা ক্রমে হৈল জন্মি জন্মি মরে॥ ৭০
অপত্য বিরহে মিশ্রের দুঃখী হৈল মন।
পুত্র লাগি আরাধিলা বিষ্ণুর চরণ॥ ৭১
তবে পুত্র উপজিলা বিশ্বরূপ নাম।
মহাগুণবাণ তিঁহো বলদেব ধাম॥ ৭২
বলদেব প্রকাশ পরব্যোম সঙ্কর্ষণ।
তিঁহো বিশ্বের উপাদান নিমিত্ত কারণ॥ ৭৩
তাঁহা বিনা বিশ্বে কিছু বস্তু নহে আর।
অতএব 'বিশ্বরূপ' নাম যে তাঁহার॥ ৭৪

অর্থ :—

জগন্নাথমিশ্রগী মুপী শচীগী গর্ভদা।
মুপী মীপান পোক্লগা হিংদে অমা ফাওবদা॥ ৭০
মচাম্নুংশিবগী মৈচাক্না মিশ্র রাখি।
মচা নীপা অমতং ফংনবা বিষ্ণুদা নিখি॥ ৭১
নীপা অমা পোক্লে মমিং বিশ্বরূপ কৌরে।
বলদেবগী সাইওন্নি গুণ যাম্না চেনখরে॥ ৭২
পরব্যোমগী সঙ্কর্ষণ অদু বলদেবনি।
মহাক জগৎকী মচাক্লি অমসুং মপানি॥ ৭৩
জগৎকী পোৎ অসি মহাদনা ওইবনি।
অদুনা মহাকী মমিং বিশ্বরূপ থোনবনি॥ ৭৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদুদা অদ্বৈত আচার্য্যন্ন রাশকুনা হঙ্গিরক্লে—মহাক্না ইশোঙ্গ-শোঙ্গদনা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহনগনি। মরম অদুদগী মহাক্না গঙ্গাজল-তুলসীনা লংশিনা থরাই য়াওনা শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌবা হৌরক্লে (১।৩।৮০ ৮৮ পাযারগী টীকাদা যেংবিযু) অমসুং প্রেমগা লোঙ্গননা লাউদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌবা হৌরক্লে। মহাক্না কৌবা অদুদা চিংশিনখিদুনা ব্রজ-নিংথৌগী মচা-শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইদুনা শচী মাতাগী গর্ভদা আবির্ভূত ওইরম্নে (পোক্লম্নে)। হৈবুংঙোগী হকচাং অসি ঈনা শাবা নত্তে।

৭০—৭৪। শচীমাতাগী গর্ভদা মখ মথং কন্যা নীপন পোক্লগা ওন্নএক শিখি; মতুংগী অদুগী মুংশি মৈচাক্না শ্রীশচী-জগন্নাথ মখোয়না রাখি অমসুং মচা নীপা অমতং

তথাহি ( ভাঃ ১০।১৫।৩৫— )
নৈতচ্চিত্রং ভগবতিহ্যনন্তে জগদীশ্বরে।
ওতং প্রোতমিদং যস্মিন তন্তুষঙ্গ যথা পটঃ॥৩

## গৌরা-রূপ-টীকা

কংজেবগীদমক শ্রীবিষ্ণুবু থুরুমজবা হৌখি। মতুংদা বিষ্ণুগী কৃপাদগী মচানীপা অমা পোক্রে— মহাকী মমিং বিশ্বরূপ থোল্লে। মহাক অসি শ্রীসঙ্কর্ষণগী আবির্ভাব অমনি ( সাইওন্নি )। সঙ্কর্ষণ অসিনা পরব্যোম-চতুর্ব্যূহগী মমুং চনবা সঙ্কর্ষণ ওইনা শক্লোন পুথোকই অমসুং সঙ্কর্ষণ অসিনা জগৎকী মচাক ওই অমসুং মপাসু ওই ( মথকী এতাং মঙাশুরদা য়েংবিয়ু ) হায়রবদি সঙ্কর্ষণনা মহাকী অঙকপা শক্তিগী গুন্না মশ দি ইলেং-লেংদনা লৈবগা জগৎ ওইনা মশক অমা পুথোকপ্রে হায়রুনা মহাকপু বিশ্বরূপ কৌই অমসু শচীগী মচা বিশ্বরূপসু সঙ্কর্ষণ অসিনা শক্লোন পুথোকপনি হায়রুনা মহাকী মমিং বিশ্বরূপ থোল্লে।

মহাক্তনা ওইবনি—সঙ্কর্ষণটনা ওইবনি। জগৎ অসিদা লৈবিবা পোৎ পুম্নমক অসি সঙ্কর্ষণনা ওইদবা পোৎ যাওদে। সঙ্কর্ষণনা জগৎ অসিদা পঞ্চভূত ওইরুনা লৈ হায়রুনা সঙ্কর্ষণবু "বিশ্বরূপ" কৌবা য়াই। শচীগী গর্ভদা বিশ্বরূপ পোকই, অদুনা তত্ত্ব থিরুরবদি মহাকসু সঙ্কর্ষননি।

সঙ্কর্ষণ নত্তনা জগৎ অসিদা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে, মাদুগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্রীভাগবতকী শ্লোক অমতং থেচ্চরি।

শ্লো। ৩। অন্বয় অঙ্গ ( হে অঙ্গ )। তন্তুষু ( লং পুম্নমক ) পট ( কি ) যথা (অদুম্না), (তথা) মত্তৌ অদুম্না) [ যস্মিন ] ( মাঙোন্দা ) ইদং ( অসি বিশ্বং ( বিশ্ব জগৎ ) ওতং ( ময়ুংগী লংদা ফিগুম্না ওইববা ) প্রোতং ( মবাক্কী লদা ফিগুম্না ওইববা ), [ তস্মিন ] ( মাংোম্না অদুম্ন ওইবা ) জগদীশ্বরে ( জগৎকা ঈশ্বর ) ভগবতি ( ভগবান ) অনন্তেহি ( অনন্তনা-শ্রীবলদেবদা ) এতৎ (মাদু ) চিত্রং ন ( অঙকপ নত্তে )।

অনুবাদ। শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা হায়রকই-"হে মহারাজ! লংদা ফি য়াওরুনা লৈ, অদুগুমদুনা জগৎ অসিবু অনন্ত জগদীশ্বরদা চংদুনা যাওদুনা লৈ, মাসিদা অঙকপা ওই লৈতে ( অঙকপা নত্তে )॥" ৩

এতএব প্রভুর তেঁহো হৈল বড ভাই।
কৃষ্ণ—বলরাল দুই—চৈতন্য নিতাই॥ ৭৫

অর্থ :—

মরম'সিনা মহাক্কি প্রভুগী মমাম্বুংনি।
কৃষ্ণ—বলরাম অনি—চৈতন্য—নিত্যাইনি ॥ ৭৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পরিক্ষা তৌদুনা যেংলগ খংবা ওম্ম, ফিগী মাইকৈ চনিদা লং ওাক্তা লৈ মযুংগী মাইকৈদা অমসু মরাক্কী মাইকৈদা, মযুংগী মাঙ্গৈকৈদা লৈবিবা লং অদুগা মরাক্কী মাইকৈদা লৈরিবা লং অদুগা মাইকৈ অনিগী লং অসি ইশম-শমনা লৈ ওতপ্রোতনি, ফিগী মশা পুম্নমক্তা লং ওাক্তনি, ল নত্তনা ফিগী মশাদা অতৈ কবিস্ম লৈতে। অদুগুমদুনা জগৎ অসিস্মু ভগবান অ.নন্তদেব—দা চংদুনা লৈ (ওতপ্রোতনি) জগংকী মযুংদস্মু ভগবান মহাক্কি মবাক্ত; মহাক্কি শ্রীবলদেব নত্তন জগংকী মফম নদাহদস্মু কবিস্ম লৈতে। অসি গুমলবা শ্রীবলদেব, ইবুংঙো মহাক্কী ফমদ তেং মাসি, ধেনুকাসুর হিংচাবগী গাধাগী হকচাংনা যৈবদা তাল্ন্ (কোনা পাম্বী ওাক্তা ছৌদা বোন) পুম্ন ক নিক্হনবদা করিমু অঙকৃপা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলদেবনা মন শেন্ন হা পুম্নক পুহ্দা তালবনগী মনাক্তা মন শেল্লম্মী। কোনা অমুনবগী মনম অদু লাকপদা মন-শম্নাহাশিং অদুনা কোনা চানিংদুনা কোনাগী বেন্দা (তালবন—দ) চংখরে অমসুং বলদেবনা মখুৎ অনিনা কোনা পাম্বী অদু পাঙ্গৈবগ চিংখদুনা কোন হব্গা হৌরক্লে। বোনা পাম্বী তুবগী খোঙ্গ্রেন তাবদা কংশনা থারক্পা গাধাগী মওং মানবা ধেনুকাসুর হিংচাবনা মফম অদুদা চ লক্তুনা বলদেববু হাংকে তৌরগে, বলদেবস্মু হিংচাবগী খুদুংগী মখোং অনি অদু পাইরগা হুরু-হুরু লৈদুনা কোনা পাম্বী অমগী মথক্তা হুম্ভিন্থরে, মাদুদা কোনা পাম্বী অদু তুরক্লে, উজাও অমনা তুংকৃপনিনা মাদুনা অমুক অতোপপা কোনা পাম্বী অমদা নন্বদা অমদুস্মু তুরে; ম তৌ অম্নম তৌদুনা তালবন (কোনাগী বোন) পুম্নমক অদু থক—থক নীক্থরে। মাসি থমখিসি, গাধা অমবু মখোং অনি পায়দুনা কোক্থক্তা হুরু—হুরু লৈরগা লংথোক্পা অমসুং মাদুনা পান্খিবদা কোনা পাম্বী তুবা অমসুং তালবন পুম্নমক অদু থক—থক নীকপ মতৌ অসি য়াম্না অঙকপা থৌওংনি—চিংননীংভাঙ্গ লৈতে, মরম

পুত্র পাঞা দম্পতী হৈল আনন্দিত মন।
বিশেষে সেবন করে গোবিন্দচরণ ॥৭৬
চৌদ্দশত ছয় শকে শেষ মাঘ মাসে।
জগন্নাথ–শচীর দেহে কৃষ্ণের প্রকাশে ॥৯৯

অর্থ :—

মচা ফংহুনা অনিহু নুংঙাইজরে।
শ্রীগোবিন্দচরণ সেবা ফজনা তৌজরে ।৭৬
শক্ লিশিং অমা চা—মরি তরুক য়াকচীং মমৈদা ।
কৃষ্ণ ফোংদোকুই জগন্নাথ—শচীগী মশাদা ।।৭৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুনা মকম অসিদা শুকদেব মুনিনা হাইরকই, মসি, (মতৌ অসি), অতোপপা মীগী মফমদগি য়াম্না অঙকপা থৌওংনি, ওইথোক্নবা পোৎনি, তৌইশুনন্নুং ইবুংঙো মাঙোন্দদি জগৎ পুন্নমক চংহুনা লৈ, মহাক্না ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক্কী মপুনি অমসুং শীংথাবা ওমদবা শক্তিনা চংখোন্না লৈবা ভগবান্নি, অহুম ওইবা ভগবান শ্রীবলদেবগী মফমদগি মতৌ অসি ওক্লীংঙাই করিসু লৈতে।”

“মহাক নত্তনা জগত্তা অতৈ অমা লৈহরে”—পয়ার ৭৪ গী প্রমাণ শ্লোক্নি।

৭৫। মবম’সিনা—বিশ্বরূপতি শ্রীবলদেবগী মশক অমনি হায়হুনা অমসুং দ্বাপরলীলাদা শ্রীবলদেবদি শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বুংনি হায়হুনা। মহাক্তি—বিশ্বরূপতি। ময়াম্বুংনি। শ্রীচৈতন্যগী তাদানি। ময়াম্দি শুরুগী মমু’ চনবনিনা শ্রীচৈতন্যগী মমাংদা (পোক্তিরৈদা) শ্রীবিশ্বরূপ আবির্ভাব ওইবে। কৃষ্ণ-বলরাম অনি-শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইরে অমসুং শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইরে অদুগা শ্রীবিশ্বরূপতি শ্রীনিত্যানন্দগী অংশনি (গৌরগণোদ্দেশ, ৬২) অমসুং শ্রীনিত্যানন্দদি শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বুং ওইবা মরম্না শ্রীনিত্যানন্দগী অংশ ওইবা বিশ্বরূপসু শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বুং ওইরে।

৭৬। মচা ফংলহুনা—বিশ্বরূপ ফংলহুনা। অনিহু—মতৈমনাও; শ্রীশচী অমসুং শ্রীজগন্নাথ।

৭৭। বিশ্বরূপ আবির্ভাবকী রা হুইপ্রবনিনা হৌজিক শ্রীচৈতন্যগী আবির্ভাবকী রা হাঈরি।

মিশ্র কহে শচী স্থানে দেখি অন্য রীত।
জ্যোতির্ময় দেহে গেহে লক্ষী অধিষ্ঠিত॥ ৭৮

অর্থ :—

মিশ্রনা শচীদা হাঙ্গি, অঙকপা অমা উরে।
নংগী নশাদা লক্ষ্মী চংহুনা যুমদা লৈরে ।। ৭৮

---

গোর-কৃপা-টীকা

শক ১৪০৬ কী রাকচীং থাগীমমৈদা শ্রীশচী দেবী অমসুং শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী হকচাংদা শ্রীকৃষ্ণ ফোংলে, কয়মা ফোংলে, মাচু পয়ার ৭৮—৮৫ দা হাঙ্গিজরি। রাকচীং মমৈদা— রাকচীং থাগী মমৈদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনিনা তিনশিন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইহুনা নবদ্বীপতা অবতার তৌরম্বিবা হকচাং অদি ঈনা শাবা মতু; অবতারগী হকচাং মখৈ ঈনা ওইখিবা মতু। অদুগনা থবাক্ত পানবা পুম্নমক্কী থরাই ওইবা কৃষ্ণনা মফম অমদা মাইওনদুনা লাক্কহুনা হায়রগী মফম অহুদা লৈরম্বা মূর্ত্তি অহু মাঙখিবা লৈতে, মিরুপ অমগী মসুংদা পুম্নমক্কীংবা মূর্ত্তি মশী মাইদনা পুথোকপা ঙম্মী, মসিদা করিস্তু ওক্লাংঙ্গাই লৈতে। এক গোপী এক শ্যাম পুথোকখিবা অহুনা প্রমাণ্নি। শ্রীবৃন্দাবনগী শ্রি বৃক্ষদি মায়া জগত্তা লৈরিবা অমসুং মায়া জগৎ নত্তবা অপ্রাকৃত জগত্তা লৈরিবা অচৎ চত্তা থরাই পানবা-পান্দবা পুম্নমক্কী মপুনি, মপু ইশাহ-লোইবা মপুরোইবনি। মবম অসিনা ব্রজগোপীশিংগীসু মপুনি (মপুরোইবনি) হাঙ্গিবদ' করি অবানবা অশাইব ইকাইফম লৈবগে? তীন-কাংগীসু, ঐখোয়গীসু মপুনি (অদুনা মপু ইলে ই লে ইবা মপুবোশবা নত্রগা ইপুবোইবনি হাঙ্গিবদা করিসু চিংনফম লৈ ত)। ইবুংঙো মহাক্না থরাই পুম্নমক্কী থরাই ওইবা, পরমাত্মা ওইবা মরম্না ব্রজগোপীশিংনা মহাকপু মী খঙহন্দনা চেকশিন্না লোম্না থম্বা মবুংঙোনি (উপপতিনি) হায়না নীংবদা করিসু দোষ লৈতে। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী পুম্নমক্কী থরাইগা মী উহন্দনা লোম্না, শাম্নরি, ফিবম অসিদা মহাকপু অরোনবা লোম্না থম্বা ইবুংঙোনি (উপপত্তিনি) হায়না মাথন তৌবদা নত্রগা মহাক্না তিন্নরুবদা, মতৌ করম্না দোষ লৈবা য়াবগে? কনাগুম্বা মূগী অমতনা দোষ মরিক অমা ফাওবা লৈতে।

৭৮—৮৩। শক (শোক) ১৪০৬ কী রাকচীংথাগী মমৈদা শ্রীশচী দেবীগা মশাদা মীয়োনবগী খুদম অমা ফংই, অদুগা মহাক্কী মশাদসু অঙকপা মঙান অমা উবা ফংই

যাঁহা তাঁহা সব লোক করেন সম্মান।
ঘরেতে পাঠায়্যা দেন বস্ত্র ধন ধান ॥ ৭৯
শচী কহে—মুঞি দেখোঁ আকাশ উপরে।
দিব্যমূর্ত্তি লোক সব যেন স্তুতি করে ॥ ৮০
জগন্নাথ মিশ্র কহে স্বপ্ন যে দেখিল।
জ্যোতির্ম্ময় ধাম মোর হৃদয়ে পশিল ॥ ৮১
আমার হৃদয় হৈতে গেলা তোমার হৃদয়ে।
হেন বুঝি জন্মিবেন কোন মহাশয়ে ॥ ৮২
এত বলি দোঁহে রহে হরষিত হঞা।
শালগ্রাম সেবা করে বিশেষ করিয়া ॥ ৮৩

অর্থ : -

মাগী মগুন্না মী পুম্নমক্না লুনা তৌই।
ফৌ-শেন-থুম থাবক্তুনা য়ুমদা য়াম্না পুরকই ।। ৭৯
শচীনা হাঙ্গী, ঐস্সু আকাশতা উবা ফংই।
লাইগী মূর্ত্তি মানবা মীনা থুকন্থা উবা ফংই ।। ৮০
জগন্নাথ মিশ্রনা হাঙ্গৗ মঙদা উরম্বা অহু।
ঐগী থমোইদা চংখরে মঙান অহু ।। ৮১
ঐগী থমোইদগী নংগী থমোইদা চংখরে।
কন্নাগুম্বা মহাশয় অমা পোকচবা তারে। ৮২
অসি হাঙ্গীরহুনা অনি অহু হন্নাওজবে।
শালগ্রাম সেবা হান্নদগী চংখোমনা হেনথরে । ৮৩

গৌর-কৃপা-টীকা

অমসুং অণ্ডকপা অতৈ খোদোকসু থোক্লকই। পুম্নমক অসি উম্নগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র মহাশয়না নোংমা শ্রীশচীদেবীদা হাঙ্গীরম্মী "য়েংউ" অণ্ডকপা থৌদোক মথাম উমিজনিংঙু কারি মতৌনো; নংগী হকচাংদসু মঙান অমা কাওরকপা উবা ফংই; থাজৈশেংবা লন্নী মেবি অহুনা মতাম ওইহুনা মংক্ক কৌজেশিন্দুনা ঐগী মুমকা লৈরকারে হাঙ্গীনা দাঙই;

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদুগা মাইকৈ অমরোমদনা ঐনা চংলু-চংলুবা মকম খুদিংদা ঐন্দু মী পুন্নমক্কা সম্মান তৌই ( ইকাইখুম্নৈ ), অদুগা, কনাগী মকমদসু ঐনা ইনি-নিরুদনা কৌ-চেং-শেম-থুম্নচিংবা মীনা ঐগী যুমদা থিল্লকই।" মিশ্র ঠাকুরগী বা তারগা শ্রীশচী দেবীনা খুন্নকই—"ঐন্দু অঙক-অঙকপা থৌরম য়াম্না উবা ফংই; ঐনা আকাসতা ( নোংথক্তা ) য়েংথোকখিবা মতমদা মঙানগী মশক ওইবা লাইগুম্বা মী ভাক্তা উবা ফংই, মখোঙ্না পুন্নমক অহুনা ঐঙোন্দা খুরুম্নী।" শচী দেবীগী বা তাবগা মিশ্রবরনা অমুক হাঙ্গিরকই—"য়েংউ, ঐনা অঙকপা মঙ অমসু মঙঙীনে। মাহুদি :—ঐগী থমোইদা মঙানগী পোৎশক অমা চংখি, অহুদগী অমুক ঐগী থমোইদগী থোরক্লগা নংগী থমোইদা চংখরে। অশোমদনা অঙক-অঙকপা থৌরম ভাক্তা উবা ফংলগা, নংঙোন্দনা মীয়োনবগী খুদম অমা কাওরকপা অসিদা, ঐগী পুক্নিংদা নংগী গর্ভদা কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা-মহাপুরুষ অমা পোকদৌরিমান্নে হাঙ্গনা নীংই।" মখোঙ্না অনিমক পুকচেল তিন্নরহুনা মুংঙাইহবগী ওমথৈ লৈখিদবে; মখোঙ্গনা সেবা চচ্চরিবা শ্রীশালগ্রাম অহু শকক অনি হেন্না থন্নাই বাওনা লুনা সেবা তৌবা হৌরক্নে।

মী ওইবা ঐখোয়গী ইপা—ইমা লৈবা অসিগুম্না, স্বয়ং ভগবানগীসু ভপ্রকট লীলাদা ( মায়াগী বাংমদা শান্নরিবা, পাপ লৈবা মীনদি উবা ফংদবা লীলা অহুদা ) ইবুংঙো মহাক্কী মমা-মপানি হাঙ্গনা য়ানবা মী ইমুং—মসুং পরিকর লৈ, মমা-মপা অহুনা থন্নী, মখোঙ্গ ভগবানগী মমা—মপানি অমসুং ভগবানসু থন্নী, মখোঙ্গবু মহাক্কী মমা মপানি। ব্রহ্মাণ্ডদা ভগবান্না মহাক্কী মী ওইবগী লীলা অসি ফোংদোকনিংবা মতমদা—মতম অহুদা লৈরিবা মীশিং অহুনা মহাকপুসু ( কৃষ্ণবুসু ) মা অমনি হাঙ্গনা নীংহন্‌বা থাজহনবা তাই, অহু নত্রবদি মীগী লীলা শান্নবা সিদ্ধ ওইরোই, অহুনা মী অমনি হাঙ্গনা নীংহনবা ( খঙহনবা ) তানবদি ইম গী গর্ভদা পোকপা তাই, মরমদি, মী ওইবগী জাৎতি পোকপনিনা। মরম অহুনা মীগী লীলা সিদ্ধ ওইননবগী দমক ব্রহ্মাণ্ড সংসার অসিদা ফোংদোকপা মতমদসু ইবুংঙো মহাক্কী মমা-মপা লৈফম থোকই ১স্নং মহাক্কা পোক্তিন্নৈদসু মমা ওইনীংলিবা অহুগী গর্ভদসু মশা রাইশংদবগী খুদম ফোং-দোকফম থোকই। মরম অহুনা অপ্রকট লীলাদা (চংত্রবা, পাপ চংত্রবা লীলাদা) মহাক্কী ( কৃষ্ণগী ) মমা—মপা ওইরম্বশিং অহু, ব্রহ্মাণ্ডদা ইবুংঙো মহাক আবির্ভাব ওইব্রিন্নৈদা (পোক্তিন্নৈদা ) ভগবান্না মখোঙ্গ অহুবু মায়ুন্নোনদা ফোংদোকহল্লী অমসুং

## গৌর-কৃপা-টীকা

লুহোংবনচিংবা নিয়ম চথরদ্রী। মচা পোক্লিংলৈগী মমাংদা ভগবান্না অহানবদ। মস্তান ওইনা উহনবা নত্রগা মহাক্লা ওইরগদৌরিবা মশক অত্থুগী কিবম মূর্ত্তি অত্থ মপাগী থম্মোইদা চংবা অহ্থ মপাগী মওদা উহল্লি, অত্থুগী মতুংদা মপাগী থম্মোইদগী থোরক্লুনা মমাগী থম্মোইদা চংখি (মহাপ্রভুনা পোকপগী মতমদা অম্লুম হাঙনা ওইখি), অমদি, মপাগী থম্মোইদা মস্তাল ওইনা চংখিবগী রা অসি মম্মাদা ফোংদোকপদা শ্রীভগবান্না মমাগী থমোইদা আবির্ভূত ওইরে (লৈরে) (পান্দমদি মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণনা আবির্ভাব মওমদা থোকখি। শ্রীভাগবত ১০।২।১১—১৩ শ্লোক)। মতম অত্থুদগী মমাগী হকচাংদা অচম্বা মমা থ্বাইগী মতৌগুম্না মীরোলবগী থুদম ফোংদোকই, তৌইগুম্নসুং থেংবদি অসিনি : অচম্বা মুপী মশা রাই শংদবনা ঈ—দগী ওইবক্পনি . তৌইগুম্নসুং ভগবানগী মমানা মীরোনবদি অশেংবা শক মশক্লি, ঈ—দগী মীরোলবা নত্তে ভগবান মশানা মাত্থুদা লৈত্থুনা মমাগী থমোই-দা মচা অমা মমিংশা উবা তারে হাঙনা থাজহন্দুনা মীরোনবগী থুদম ফোংদোকই। অত্থুগী মতুংদা মতম চা।। ভগবান্না মমাগী মশাদা অন্তাং উনবমদাংগী ইঙ্গিৎ পীরম্নগা অন্তাং ওইনা ভাত্থুনা লৈ, শত্থুগী মতুংদা থ্বাই অন্তাংগী মতৌগুম্না নোংম—নোংমগী চাওথংলক্তুনা লীলা ফো দোক্লকপনি।

পয়ার ৮১ ৮২ দগী থগুবা ওম্মী, শ্রীমনমহাপ্রভুনা মস্তান ওইনা ওহানবদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী থমোইদা চংখি অমসুং অত্থুগী মতুদা "জগন্নাথ মিশ্রগী থমোইদগী থোংত্থুনা শ্রীশচী দেবীগী থমোইদা চংখি, (মসি শচী মা শ্লু অহানবদা থগুলমদে), শচী মাতাগী মশাদা মীরোনবগী থুদম ফাওরকপদগী অমসুং পযার ৮০ দগী থগুবা ওম্মী, লাই খিবিক্লা স্বর্গদা লৈরগা গর্ভদা লৈরবা ভগবানবু থুরুম্বা মতম অত্থুদগী শচী মাতাগী মশাদম্ম ওইথোক্তবা শগুকপা মস্তান উবা হৌএকই, মাত্থ উরগা মিশ্রঠাকুরনা মহাক্লা মস্তগী রা অত্থ নিংশিংলনা শচী মাতাগা একমদা তমখি।

দ্বাপর যুগতা শ্রীনন্দ মহারাজ অমসুং যশোদা রাণীনা মচা শ্রীকৃষ্ণ পোকপগী মরমদা শ্রীজীব-গোস্বামীনা গোপাল-চম্পূ কৌবা লাইরিক্তা ইরি:—নন্দ যশোদানা মচা কৃষ্ণ পোকপা উবা মতমদা অন্তাং পোকপগী হৌনবী থোঙ্গ-লেনবা হায়বা অত্থ তৌদে, অন্তাং অত্থুগী মশা অত্থ শিন্থুনা য়েংলাকপদা অন্তাংগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মনা অত্থ হব্রেংত্থুনা লৈরম,

'অকলঙ্ক' গৌরচন্দ্র দিলা দরশন।
সকলঙ্ক চন্দ্রে আর কোন প্রয়োজন? ॥ ৮৮
এত জানি রাহু কৈল চন্দ্রের গ্রহণ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরিনামে ভাসে ত্রিভুবন ॥ ৮৯
জগৎ ভরিয়া লোক বোলে 'হরি হরি'।
সেইক্ষণে গৌরকৃষ্ণ ভূমি অবতরি ॥ ৯০

অর্থ :—

থাগুম্বা গৌর উহল্লবদা মাইহিং কাদবা।
মাইচিং-কাবা থানা কবি কাম্নগদবা ।। ৮৮
অসি খঙলগ্না বাহুনা থাবু উমশিল্লে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনবদা মরোল অহুম নিনখয়ে ।। ৮৯
জগৎ শিন-থুংনা মীনা 'হরি হরি' শোয়রে।
খুদক অহুদা গৌরকৃষ্ণনা অবতার তৌরে ।। ৯০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮৮—৯০। মহাপ্রভুনা পোকপা মৃমিং অসি চন্দ্রগ্রহণ তৌরম্মী—থাবু রাহুনা উম্নম্মী; অহুনা লাইরিক লেংলিবা কবিগী মরোঙ্গা হাঙ্গৈরম্মী—"ঐখোঈগী আকাশতা খোকপা থাদি পূর্ণিমা মপুংফাবা থা ওইববস্মু মাইহিং কাঙ্গৈ; তৌইগুম্বস্মুং শক ১৪০৭ কৈবেনগী পূর্ণিমাদা পোক্লিবা গৌরসুন্দরস্ম থাগী মতৌগুম্মী- কম্রিবু হাঙ্গৈসিগে থাদগীস্মু হেন্না নিংথিজবনি, থা অসি দ জগৎকী অমম্না শোকই, ইবুংঙো মহাকম্মু জগৎকী জ্ঞান রাংতুনা, পঙতুনা মম্বা অহু শোকহল্লী, মরম অহুনা ইবুংঙোবুস্মু থা হাঙ্গৈবা রাক্ট। অকাশতা থোকপা থাদি মাইহিং কাঙ্গৈ, ঐখোঈগী গৌর-থাদা করিগুম্বা মাইহিং অমতঃ লৈতে। মাইহিং কাবা লৈত্রবা গৌর থা খোরকপা উবদা-মাইহিং কাবা আকাশকী থা অসি করিস্মু কায়ত্রে হাঙ্গৈনা নীংথুনা রাহুনা থাবু উমসিনম্রে।" মাসি অমুক থমথিলি, গ্রহণগী মরমদা--ধর্ম্মদা থরাই য়াওরব। হিন্দুশিংনা গ্রহণ তৌত্রিঙৈগী মমাংদগী কীর্ত্তন তৌবা চংলরকপদগী মকম থুদিংদা কৃষ্ণ-নাম কীর্ত্তন তৌরম্মী; সঙ্কীর্ত্তন তৌরিঙৈগী মতমদা শ্রীমন মহাপ্রভু অবতীর্ণ ওইরে (পোক্রে)। পয়ার ৮৮দগী থঙতী, অহুনা পোক্লবা মতুংদা (আবির্ভাবের পরেই) থাবু রাহুনা উমম্মী। মথুং ত্রিপদী ৯৫—৯৬ অসীদু

প্রসন্ন হইল সর্ব্বজগতের মন।
'হরি' বলি হিন্দুকে হাস্য করয়ে যবন॥ ৯১
'হরি' বলি নারীগণ দেয় হুলাহুলি।
স্বর্গে বাদ্য নৃত্যকরে দেব কুতূহলী॥ ৯২
প্রসন্ন হৈল দশদিগ, প্রসন্ন নদীজল।
স্থাবর-জঙ্গম হৈল আনন্দে বিহ্বল॥ ৯৩

অর্থ :—

পুম্নিং হয়াও-হুংঙাইরে জগৎকী মী পুম্নমক্না।
'হরি' হাঙঈদুনা হিন্দুদা, নোক্নে যবন্না॥ ৯১
'হরি হরি' হাঙঈদুনা নুপীশিংনা লাউই।
স্বর্গদা লাইশিংনা হুংঙাইদুনা জগোই শাই॥ ৯২
মাইকৈ তরা হুংঙাইরে তুরেন ঈশিং হুংঙাইরে।
অচৎ-চত্তা পুম্নমক হুংঙাইবনা নিম্নরে॥ ৯৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

খঙবা ঙম্মী, চন্দ্রগ্রহণ তৌরিঙৈঙদা মহাপ্রভু পোক্লম্মা, মাতুদা শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ময়াম্না হুংঙাইজরম্মী। পয়ার ৮৬কী টীকাদা থেক্নচন্নিবা শ্রীযুত যোগেশচন্দ্র রায় মহাশয়গী মোৎঙগী খঙবা ঙম্মী, অহিং দণ্ড ৮গী মতমদা গ্রহণ হৌই, অতুগা পয়ার ৮৬ ঙগী খঙবা ঙম্মী।, সন্ধ্যা য়াচংবা মতমদা প্রভু পোকই। য়া অসিদগী খঙনরিবদি, গ্রহণ হৌবগী মমাংদা য়াচংবা মতমদা প্রভু পোকই (আবির্ভাব ওইরম্মী)।

গৌর কৃষ্ণ -কৃষ্ণগী মশক ওইবা গৌর। স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা মনাই শ্রীরাধাগী লমন করম্না শিংশিগে হাঙনা অমুম রাধাগী রাথন তৌরকপদগা ইখঙ-খঙহৌদনা কুচু ঙৌথোরক্নুনা গৌরচন্দ্র ওইরবে। অবতার তৌরে—পৃথিবীদা পোক্লে। (অবতীর্ণ ওইরে)

৯১—৯৩। স্বয়ং ভগবান শ্রীমন মহাপ্রভুদি হুংঙাইবগী মশক্তি; সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ ওইদুনা ইবুংঙো মহাক্না স্বয়ং ব্রহ্মাণ্ড অসিদা অবতীর্ণ-পোকপা অসিদা জগত্তা লৈরিবা

সেই কালে নিত্যালয়ে, উঠিয়া অদ্বৈতরায়ে,
নৃত্য করে আনন্দিত মনে।
হরিদাসে লৈয়া সঙ্গে, হুঙ্কার কীর্ত্তন রঙ্গে,
কেনে নাচে কেহো নাহি জানে ॥৯৫
দেখি উপরাগ হাসি শীঘ্র গঙ্গাঘাটে আসি
আনন্দে করিলা গঙ্গাস্নান।

অর্থ :—

অদ্বৈতনা মতমহুনা, হোৗগত্তুনা মাগী য়ুমদা,
পুক্কিং য়াম্না হয়াওনা জগোই শাই।
হরিদাসকা লোইনহুনা, লাউহুনা কীর্ত্তন তৌহুনা,
মরম কনাণ্ড খঙদে জগোই শাই ॥ ৯৫
চন্দ্রগ্রহণ তৌবা উবে, থুনা গঙ্গাঘাট য়ৌখরে,
হুংঙাইনা গঙ্গাদা ঈরুজরে।

গৌর-কৃপা-টীকা

মী-শিংনা মপুক্কিংদা নীংই, মুমিং-থানা থোক্লক্লিবা অসি চীংদগী থেক্লক্লিমাক্লে। মরম অদিনা চীং অমুবু উদয়গিরি (উদয়—মুমিং-থা থোককম, গিরি = চীং) কৌনি। মফম অসিদা নদীয়াদা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরনা আবির্ভাব ওইবসিদা (থোক্লবপা অসিদা) অমসুং গৌরসুন্দরমু থাগা চাংদমবা মরম্না নদীয়াবু উদয়গিরিগা চাংদম্নরে, মরম অসিদা নদীয়া-উদয়গিরি হায়রিবনি। পূর্ণিমাথাগৌরহরি পূর্ণমাগী থাওম্বা গৌরহরি। থা থোরকপদা অমম্বা কোকই, গৌরহরি থোরকপদা পাপকী অমোংপা লোকই, মাথাগী অমম্বা কোকই।

৯৫। মতম্ থুদা প্রভুগী আবির্ভাব ওইবা মতমগী। প্রভুগী আবির্ভাব ওইবা মতমদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য মশানা মযুমদা লৈরম্মী, শ্রীপাদ হরিদাস ঠাকুরসু মহাক্কী অহুদা লৈরম্মী; প্রভুগী আবির্ভাবকী য়া অসি মতম অমুদম্ম কনা অমত্তা তা বমদ্রি, তৌইঙংসুং [illegible] অঙকপা হায়ফম খঙবা মুংঙাইবা অমা ফাওরক্তুনা হরিদাস ঠাকুরগা লোইননা শ্রীঅদ্বৈত [illegible] লাউম-লাউরহুনা থরোক মুংঙাইনা জগোই শাবা কীর্ত্তন তৌরা [illegible] তৌজবসুং মখোইনা করি মরমগী মতৌ অমুন তৌরিবনো হায়না [illegible]

পাঞা উপবাস ছলে, আপনার মনোবলে,
ব্রাহ্মণেরে দিল নানা দান ॥ ৯৬

জগৎ আনন্দময়, দেখি মনে সাবস্ময়,
ঠারে ঠোরে কহে হরিদাস।
তোমার ঐছন রঙ্গ; মোর মন পরসন্ন
দেখি কিছু কার্য্যে আছে ভাস।৯৭

অর্থ :—

গ্রহণগী মতম ফংদুনা, মশাগী পুক্কিং পুকচেল্লা;
ব্রাহ্মণশিংদা দান মখল মখল তৌরে ॥ ৯৬
জগৎ নুংঙাইবা ওইবে, উবদা পুক্কিং লুকখরে,
হরিদাসনা ইঙ্গিং তৌদুনা হাই।
নংনা অসুম্না নুংঙাইবা, ঐগী পুক্কিংনা হরাওবা,
অরোনবা থবক অমা লৈরে নীংই ॥ ৯৭

---

গৌর-কৃপা টীকা

৯৬ শ্রীঅদ্বৈত অমসুং হরিদাস নুংঙাইনা জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌরি; খঙহোঁদনা আকাশকী মাঙৈদা য়েংথোক্লুবা মতমদা, চন্দ্রগ্রহণ (থাবু মাঙ্গনা উবা) হোরে, মতম অচুমবদা মথোঙ অনি গঙ্গাগী ঘাট্টা চত্তুনা নুংঙাইনা ইরুজরে। (গ্রহণ হোবদা অমসুং লোইবদা ইরুজবা অসি শাস্ত্রগী নিয়মনি।) গ্রহণ তৌরিঙৈগী মতমদা শ্রীঅদ্বৈতনা নুংঙাইদুনা ব্রাহ্মণদা মখল-মখা অয়াম্বা পোৎ দান তৌই। 'গ্রহণগী মতমদা অকবা মীওইদা হায়েংবদি সাধু বৈষ্ণবতা দান তৌবগী নিয়মসু চংনৈ)। পুন্নমক অসি শ্রীঅদ্বৈতনা নুংঙাইবা কোংদোকপনি।

৯৭। মী পুম্নমক্কী থমোইদা নুংঙাইবগী ইচেন অমা চেনবা অসি উবদা হরিদাস ঠাকুরনা মাম্মা ওক্রে, মহাত্মা থম্মী, "মতৌ অসুম্না তৌরিবা অসিবু করিগীনো? মী পুম্নমক্না করিগী অসুক মাম্মা নুংঙাইরিবনো? গ্রহণ তৌবা অসি কয়ামক মরা তৌরবনি, মাসুমী মরমদসু মীপুম্নমক্না গঙ্গাস্নান কয়ামক তৌরবনি; তৌইরমসুং করিগী অতৌ অসুম

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস, হৈল মনে সুখোল্লাস
যাই স্নান কৈল গঙ্গাজলে।
আনন্দে বিহ্বল মন, করে হরিসঙ্কীর্ত্তন,
নানা দান কৈল মনোবলে॥ ৯৮
এই মত ভক্ত যতি, যার যেই দেশে স্থিতি,
তাহাঁ তাহাঁ পাঞা মনোবলে।

অর্থ :—

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাসনা, মপুক্কিংদা মুংঙাইবনা,
গঙ্গাদা চঙ্‌দা ইরুজখি।
মুংঙাইবদা পুক্কিং লুপখি, শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন তৌখি,
মখল মথা অয়াম্বা দান তৌখি॥ ৯৮
অমুম্না ভক্ত মযাম্না, লম-দা লৈবা ভক্তশিংনা,
মথোঙ্গনা অপাম-অপাম্বা তৌই।

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

তৌনা মুংঙাইবদি খক উথিত্রি। হন্দকী মমুংঙাই অসিদি করিগুম্বা থোদোক অমা থোক্লবা তাই, মাহুৎনী মংগ্রা জগৎ পুম্নমক অসি মুংঙাইবগী ইচেন চেনবা ওইবা তাই; অদু ওইরবদি, শ্রীঅদ্বৈতনা মথধাই য়াওনা থুকমজবা মুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু আবির্ভাব ওইবল্লগদ্রা ( পোক্লম্মগদ্রা। )?" মতৌ অমুম্না খন্দুনা শ্রীহরিদাস ঠাকুরনা ইঙ্গিৎ তৌহুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা হায়রকই—"নংবু য়াম্না হবাওরে, জগোই শারে কীর্ত্তন তৌরে, য়াম্না লাউরে ( হুঙ্কার তৌরে ), অদুগা মুংঙাইমন্দুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংদু দান; ঐখী পুক্কিংমু য়াম্না মকালামই। তৌরিবা মতৌ অসিগী মমুংদা মী খঙদবা অথুপ্পা মরম অমা লৈবা তাই হাঙ্গনা খল্লী॥" ইঙ্গিৎ তৌহুনা হাঙ্গরকই—"নংনা য়াম্না থরাই য়াওনা নীংজবগী মপান্না শ্রীকৃষ্ণবু আবির্ভূত ওইববরা ( পোক্লবরা? নত্রবদি অমুক য়াম্না মুংঙাইবসিদি কদাইদগী লাক্লগে?"

৯৮। আচার্য্য রত্ন— শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য। শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য অমসুং শ্রীবাস পণ্ডিতনা মুংঙাইবগী ঈহৌরক্লুনা গঙ্গাস্নান তৌখি অমসুং জগোই শাবা কীর্ত্তনচিংবা তৌহুনা সাধু বৈষ্ণবদা মখল-মথা অয়াম্বা দান তৌখি।

নাচে করে সঙ্কীর্ত্তন, আনন্দে বিহ্বল মন,
দান করে গ্রহণের ছলে॥ ৯৯
ব্রাহ্মণ সজ্জন-নারী, নানা দ্রব্য থালী ভরি,
আইলা সভে যৌতুক লইয়া।
যেন কাঁচা সোনা দ্যুতি, দেখি বালকের মূর্ত্তি,
আশীর্ব্বাদ করে সুখ পাঞা॥ ১০০

অর্থ :—

জগোই শাই সঙ্কীর্ত্তন তৌই, নুংঙাইবদা পুক্লিং তাউই,
গ্রহণগী, হাঙ্গৈসিংনা দান তৌই॥ ৯৯
ব্রাহ্মণ অকবী নুপীনা, পোং থিবিক্লা পুথম-থম্না,
লোইনা লাক্লে অথেম-পোং পুত্থুনা।
সনা অহিংবা কুচুগী, অঙাং মশা উবদগী,
থোর পীরে য়াম্না নুংঙাইরদুনা॥ ১০০

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৯৯। নবদ্বীপদা নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা লমদা লৈবা ভক্তশিং অমুম্ মখোইগী থমোইদা ইথঙ-থঙহৌদনা নুংঙাইবা অমা কাওই; মাহুনা ময়ম ওইহনা মখোইসু জগোই শাবগা লোইননা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌই অমসুং গ্রহণ তৌবনা ময়ম ওইহনা মথল-মথলগী পোং য়াম্না দান তৌবা হৌরকই।

মী পুম্নমক্না দান তৌনরিবা অসি গ্রহণ তৌবগী ময়মদা দান তৌবা ওইরবসু নুংঙাইবগী হৌকম ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গনা নুংঙাইবা চাইথোরকুনা দান তৌবনি; থাজৈশেংবা থিরুরবদি প্রভু পোকপগী ময়মদা মঙ্গল ওইনবগীদমক দান তৌবনি হাঙ্গৈবা য়াই।

১০০। মাইকৈ অমদনা শচী মাতানা অঙাং অমা কংলে হাঙ্গৈবা পাও তাবদা কৈরোইগী-লৈকাইগী নুপীশিংনা পুথুম, হোয়াই, লুকমাই থম্না মথল-মথা অয়াম্বা পোং পুরদুনা অঙাংবু থোর পীগদবগী লাক্লমী

সাবিত্রী গৌরী সরস্বতী, শচীরম্ভা অরুন্ধতী,
আর যত দেবনারীগণ।
নানাদ্রব্য পাত্র ভরি, ব্রাহ্মণীর বেশ ধরি,
আসি সভে করে দরশন ॥ ১০১

অর্থ: –

সাবিত্রী গৌরী সরস্বতী, শচী রম্ভা অরুন্ধতী,
লাইগী নুপী লৈরিবা মখেনা।
পোৎথিবিরা পাত্র থল্লা, ব্রাহ্মণী ফিজেৎ শেত্তুনা,
য়েংবা লাক্লে মখোইন্ পুন্নমক্লা ॥ ১০১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

সনা অহিংবা কুচু—লৈহাও লৈরেনগী মচু মানবা কুচু।

১০১। অঙাংবু য়োব পীবা পে থংযেংবা ল কপা অসি কৈথোল-লৈকাইগী নুপীডাক্লা নত্তে; সাবিত্রী-গৌরীনচিংবা লাইগী নুপী ময়াম শমস্থ ব্রাহ্মণীগী ফিজেৎ শেত্তুনা অথেমপোৎ নচিংবা পোচ্চে য়াম্না পুরক্তুনা পোৎ যেংবা, অঙাং মশক য়েংবা লাক্লম্মী।

প্রভুগী লীলাদি মী ওইবগী লীলা ওইবে হায়িহুনা লাইগী নুপীশিংনা লাইগী মুর্ত্তি হোংদোক্তুনা অদুবা ব্রাহ্মণীগী ফিজেৎ শেত্তুন মাগী মুর্ত্তি লৌহুনা লাক্লমী; লাইগী নুপী ওইনা ইলং-সংনা লাক্লবদি মা পুন্নমক্ল ইঙক-ওকপা য়াই, মীগী লীলা কায়িবা তাই; ব্রাহ্মণীগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাক্লবনিনা অঙাংগী মনাক য়ৌনবা চংবদা মখোইবু কনানম্ম খংদ্রে; পুন্নমক্লা থল্লা—মখোইন্ অসে অঙাংদা য়োব পীবিবা লাক্লিবনি, তৌইগুম্বনুং থাজৈশংবদি মখোইদি য়োব পীবা লাকপা নত্তে –"মখোইন্ পুন্নমক থুকনঙ্ঙবা লাকপনি"; শক্তি লৈবা লাইনিনা প্রভুগী মশক থওবা ঙম্মী, মরম অহুনা অঙাংগী মশক লৌরিবা স্বয়ং ভগবানবু য়োব পীবা তেক্তুনা মপুক্কিংদা লোম্না থুকনঙ্ঙ:র, তৌইগুম্বনুং শচী মাতাগী কৈথোল-লৈকাইগী ব্রাহ্মণীশিংদি প্রভুগী মশক স্বয়ং ভগবানি হায়িবসি থওবা ঙমদে; অহুনা মখোইনা অঙাংবু শচীগী মচানি হায়িনা খল্লুনা; অঙাংদা মতম কুইনা পুক্নিংনু হায়িনা য়োব পীবিরে।

অন্তরীক্ষে দেবগণ, গন্ধর্ব্ব সিদ্ধ চারণ,
স্তুতি নৃত্য করে বাদ্য গীত।
নর্ত্তক বাদক ভাট, নবদ্বীপে যার নাট,
সভে আসি নাচে পাঞা গীত॥ ১০২
কেবা আইসে কেবা যায়, কেবা নাচে কেবা গায়,
সম্ভালিতে নারে কারো বোল।
খণ্ডিলেক দুঃখ শোক, প্রমোদে পূরিত লোক,
মিশ্র হৈলা আনন্দে বিহ্বল॥ ১০৩

ত্রিপদীগী অর্থ :—

স্বর্গদা লৈবা লাইশিং, জগোই হৈবা গন্ধর্ব্বনা,
পুং-ইশৈ জগোই শাহুনা খুরুমই।
জগোই শাবা পুং য়ৈবনা, নবদ্বীপ্তা লৈবশিংনা,
হরাওহুনা, লাকুনা জগোই শাই॥ ১০২
কনানা চংখি চংলকই, কনানা ইশৈ জগোই শাই,
অমগা অমগা খণ্ডনদরে।
অরা-অনা ওয়া কোক্লে, নুংঙাইবনা পূমথন থল্লে,
মিশ্র নুংঙাইবনা নুংবংনরে॥ ১০৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০২। প্রভুনা আবির্ভাব (পোকপা) ওইবগী মরমদা স্বর্গদা লাইশিংনা খুরুমজহুনা নুংঙাইবা ফোংদোকই। অদুগা নবদ্বীপনা জগোই শাবা হৈবা, পুং য়ৈবা হৈবা পুম্নমক লাকুনা শচীমাতাগী মযুমদা লাকুনা জগোই শাহুনা পুং য়ৈহুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লে। গন্ধর্ব—স্বর্গগী ইশৈ শকপা।

১০৩। মিশ্র—জগন্নাথ মিশ্র।

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস, জগন্নাথ মিশ্র পাশ,
আসি তাঁরে করি সাবধান।
করাইল জাতকর্ম্ম, যে আছিল বিধিধর্ম্ম,
তবে মিশ্র করে নানাদান॥ ১০৪
যৌতুক পাইল যত, ঘরে বা আছিল কত,
সব ধন বিপ্রে দিল দান।
যত নর্ত্তক গায়ন, ভাট অকিঞ্চন জন,
ধন দিয়া কৈল সভায় মান॥ ১০৫
শ্রীবাসের ব্রাহ্মণী, নাম তাঁর মালিনী,
আচার্য্যরত্নের পত্নী সঙ্গে।

অর্থ :—

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাসনা, মিশ্রগী নাক্তা লাক্তুনা,
মাগা লোঙ্গননা য়া তা-নররে।
হৌনবী মথৌ তৌহল্লে, ধর্ম্মগী মতুং ইলহল্লে,
মতুংদা মিশ্রনা দান তৌজরে।। ১০৪
পোৎল্লেং লাকপদা ফংবা পোৎ, যুমদা হান্না লৈরম্বা পোৎ,
পূম্নমক ব্রাহ্মণ্ডা দান তৌজরে।
জগোই শাবা ঈশৈ শকপা, লাইরবা কয়াখুক লাকপা,
পূম্নমক্তা শেন্না দান তৌজরে॥ ১০৫
শ্রীবাসকী মুপী ব্রাহ্মণী, মাগী মমিংনা মালিনী,
আচার্য্যরত্নগী মুপী য়াওনা।

গৌর-কৃপা টীকা

১০৪। আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস—আচার্য্যরত্ন (চন্দ্রশেখর আচার্য্য) অমসুং শ্রীবাস। হৌনবী মথৌ—অর্থাৎ পোক্লগা তৌনরিবা মথৌ পূম্নমক অদু।

১০৫। অর্থাৎ য়েংবা লাকপা মীশিংনা পুরকপা পোং অদুগা লোঙ্গননা হন্না মুমদা লৈজবা পোৎকা ভিন্নহনা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি।

সিন্দুর হরিদ্রা তৈল, খই কলা নারিকেল,
দিয়া পূজে নারীগণ রঙ্গে ॥ ১০৬
অদ্বৈত আচার্য্য ভার্য্যা, জগৎ-পূজিতা আর্য্যা,
নাম তাঁর সীতা ঠাকুরাণী।
আচার্য্যের আজ্ঞা পাঞা, গেল উপহার লঞা,
দেখিতে বালক শিরোমণি ॥ ১০৭
সুবর্ণের কড়িবৌলি, রজতমুদ্রা পাশুলি,
সুবর্ণের অঙ্গদ কঙ্কণ।

ত্রিপদীগী অর্থ :—

সিন্দুর য়াইঙং থাও পোৎলয়া, কবোক লফোই য়ুবী য়াওনা,
নুপীশিংনা পূজা তৌরে লুনা ॥ ১০৬
অদ্বৈতাচার্য্যগী নুপী, জগৎনা পূজা তৌরিবী,
মমিং সীতা ঠাকুরাণী কৌই।
অদ্বৈত য়াথং ফংদুনা, লেঙখ্রে অথেমপোৎ পুদুনা,
হাঙদুনা অঙাং য়েংজনীংই ॥ ১০৭
বকুন মরু সানাগী, খোংজী ফজবা লুপাগী,
তালগা খুজিগা সনানা শাবা।

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০৬। অঙাং পোক্লবদি কৈরোয় লৈকাইগী নুপীশিংনা অঙাং য়েংবা লাকই, মখোয়গী অদুবু সিন্দুর য়াইঙং, থাও, কবোক, লফোই অমস্থং য়ুবীনচিংবা পীদুনা ইকাই-খুম্নবা উৎপগী নিয়ম লৈ; অসুম তৌবসি নুপীশিংগী ফজবা লমচৎনি। শচী মাতাদি ময়ামগী সেবা তৌবা যাবা মতম ওইদ্রিবনিননা অদুগা য়ুম অদুদম্থু সেবা তৌবিনবা মী লৈতদুনা, শ্রীবাসকী নুপী মালিনীগা চন্দ্রশেখর আচার্য্যগী নুপীগা মখোয়গী অনিনা শচী মাতাগী মহুৎশিন্দুনা কৈরোয-লৈকাইগী ইমা-ইবেনশিং লাকপিরিবা ময়ামদু অদুদা থাও-সিন্দুরনচিংবনা সেবা তৌরম্মী।

১০৭। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী নুপী শ্রীসীতাঠাকুরাণীসু মবুংতোগী য়াথং লৌদুনা ১০৮—১১১ ত্রিপদী পয়ারদা উৎলিবা পোৎ ময়াম অসি পুদুনা অঙাং য়েংবা লাক্লম্মী।

দু বাহুতে দিব্যশঙ্খ, রজতের মল বঙ্ক,
স্বর্ণমুদ্রা নানা হারগণ ॥ ১০৮
ব্যাঘ্রনখ হেমজড়ি, কটি-পট্ট সূত্রডোরী,
হস্তপদের যত আভরণ।
চিত্রবর্ণ পট্টশাড়ী, ভুনী ফোতা পট্টপাড়ি,
স্বর্ণ রৌপ্য মুদ্রা বহুধন ॥ ১০৯
দুর্ব্বা ধান্য গোরোচন, হরিদ্রা কুঙ্কুম চন্দন,
মঙ্গল দ্রব্য পাত্রেতে ভরিয়া।
বস্ত্রগুপ্ত দোলা চড়ি, সঙ্গে লঞা দাস চেড়ী,
বস্ত্রালঙ্কার পেটারি ভরিয়া ॥ ১১০

অর্থ ত্রিপদীগী :—

পাম্বোমগী মোইবুং কজবা, থম্বাল লুপানা শাবা,
লৈতেং খিবিক সনানা শাবা ॥ ১০৮
কৈগী খুজিন সনা য়োম্বা, কত্রংগী খ্বাংদা পুম্বা,
খোংখুৎকী লৈতেং অরৈবা থরা।
রেশমগী শাড়ী অরাংবা, ইনফি রেশম্না শাবা,
সনা-লুপানচিংবা শেন থরা ॥ ১০৯
নিংথৌ ফৌ গোরোচন, য়াইঙং কুঙ্কুম চন্দন,
পূজাগী পোৎ মখৈ পাত্র থন্না।
নাওশুম্বু ফিনা কুপ্পুনা, মনাই থরা লোঈনড়ুনা,
ফিরোম্না উপু থন্না হাপ্পুনা ॥ ১১০

## গৌর-কৃপা টীকা

১০৮—১১১। বকুন মরু—সনানা বকুন মরু মান্না শাবা লিকপরেং, থাইনগী মীনা অঙাংগী মঙক্তা সনাগী বকুন মরু পরেং শিহনবা চৎনরম্মী। সীতাঠাকুরাণীনা সনাগী বকুন পরেং অমা পুদুনা চৎলম্মী—শচী মাতাগী এচা অঙাংগীদমক। শাড়ী—শচী মাতানা শেংনবা। ইনফি—শচী মাতানা ইন্নবা। শচী মাতাগী অঙাং অহু য়েংবা মতমদা থাজৈশেংবা যশোদাগী মচা কানাইগী মতৌগুম্না উহল্লে; থেম্নবিবা হাজিবব্ কানাইগী

ভক্ষ্য ভোজ্য উপহার, সঙ্গে লৈল বহুভার,
শচীগৃহে হৈলা উপনীত।
দেখিয়া বালক ঠাম, সাক্ষাৎ গোকুল কান,
বর্ণমাত্র দেখি বিপরীত॥ ১১১
সর্ব্ব অঙ্গ সুনির্ম্মাণ, সুবর্ণপ্রতিমা ভান,
সর্ব্ব অঙ্গ সুলক্ষণময়।
বালকের দিব্য, মূর্ত্তি দেখি পাইল বহু প্রীতি,
বাৎসল্যেতে দ্রবিল হৃদয়॥ ১১২

অর্থ ত্রিপদীগী :—

চানা-থরুবা পোচ্চৈনা, পুন্থনা চৎলে য়াম্না লূম্না,
শ্রীশচীগী শজাইদা থুংওরে।
অঙাংগী মশক অহুগা, সাক্ষাৎ গোকুলগী কৃষ্ণগা,
কুচু ওন্না-তৈনবতা ভাইরে॥ ১১১
পূক্লিং হুরে হকচাং পুম্বা, সনাগী মূর্ত্তি মানবা,
নিংথিজবা থুদম্মা লৈত্তেংবা।
অঙাংগী মঙান অরংবা, উবদা পোকই মুংশিবা,
পুক্লিংবা পামই মচা ওইজবা। ১১২

---

## গৌর-রূপ-টীকা

কুচুনা অমুবা (কৃষ্ণ) অহুগা শচীগী মচাগী কুচুনা অঙৌবা (গৌর); শাওং-শাদা য়িং-য়ায়নচিংবা পুম্নমক চপ-মান্নে। ওন্না-তৈনবতা—অমুবগী মফম্দা ঙৌরে হায়দুনা ওন্না-তৈনবা হায়রিবনি।

১১২। অঙাং ওইরিবা গৌরচন্দ্রগী মশক শীংথাজরি। পুক্লিং হুরে—অঙাংগী মশা অহুং অরাংপা অমমং লৈত্তে, ফজনা শেমগ্রে। মচা ওইজবা—গৌরচন্দ্রগী মশক উবা শ্রীশ্রীঠাকুরাণীনা খ্বায়দগী পোক্নোকপরে অমসুং মচা ওইজবা পামজরে।

দূর্ব্বা ধান্য দিল শীর্ষে, কৈল বহু আশীষে,
চিরজীবী হও দুই ভাই।
ডাকিনী শাকিনী হৈতে, শঙ্কা উপজিল চিত্তে,
ডরে নাম থুইল 'নিমাই'॥ ১১৩
পুত্র মাতা স্নানদিনে, দিল বস্ত্র বিভূষণে,
পুত্রসহ মিশ্রেরে সম্মানি।
শচী মিশ্রের পূজা লঞা, মনেতে হরিষ হঞা,
ঘরে আইলা সীতা ঠাকুরাণী॥ ১১৪
ঐছে শচী জগন্নাথ, পুত্র পাঞা লক্ষ্মীনাথ
পূর্ণ হৈল সকল বাঞ্ছিত।
ধন ধান্য ঘর, লোকমান্য কলেবর,
দিনে দিনে হয় আনন্দিত। ১১৫

অর্থ ত্রিপদীগী :—

মকোক্তা ভিংথৌ চেং পীরে, বোর মথল মথল পীবিরে,
"মতম কুইনা পুন্সিয় হাঙবিরে"
ডাকিনী শাকিনীদগী, চিংনবা পোকপা থমোইগী,
কিছনা মমিং 'নিমাই' থোনবিরে॥ ১১৩
হু'মত্তা মমা ঈরুবা, ফি অমা শিল্লে অনৌবা,
মচাদা মিশ্রদা সন্মান তৌনা।
শচী মিশ্রগী পূজা লৌরে, পুক্লিংদা য়াম্না হুংঙাইরে,
হল্লক্লে সীতা ঠাকুরাণীনা॥ ১১৪
অসুম্না শচী জগন্নাথ, মচা ফংহনা লক্ষ্মীনাথ,
নীংজবা পূন্নমক মপুং ফারে।
ফৌ-চেং শেল—থুম্না য়ুম থল্লে, মীনা লুনা তৌনর'ক্ল,
নোংমা নোংমগী হুংঙাইবা ওইরে॥ ১১৫

---

## গৌরা-রূপ-টাকা

১১৩। মচা ওইরুনীংবনা অমোই শৌদোকথিহনা সীতা ঠাকুরাণীনা অতাংগী মকোক্তা চেং ভিংথৌ হাম্নগা বোর পীরকই—মতম কুইনা পুন্সিয় হাঙনা বোর পীবিরিবা অসি গৌরচন্দ্রগা মরাহং বিশ্বরূপগা মচিন-মনাও অনিমক্তদনি।

মিশ্র বৈষ্ণব শান্ত, অলম্পট শুদ্ধ দান্ত
ধনভোগে নাহি অভিমান।

অর্থ :—

মিশ্র বৈষ্ণব লাইমিংবনি, শেন পাম্নবা'শেংবা মীনি,
শেল লৈরবস্তু চাউথোক্নপা ক্রোইদে।

## গৌর-কৃপা-টীকা

কণ্ডবা লাই—তীন হেলোই ভূত প্রেৎনা অণ্ডাং অঙ্গুবু কক্তনবা তৌবা ওমদনবা হাঙ্গীহুনা শ্রীসিতা ঠাকুরাণীনা মহাক্কী মমিং "নিমাই" হাঙ্গীনা থোল্লে। মতম অতুগী মীশিংনা অণ্ডাংগী মমিং "নিমাই" হাঙ্গীনবু থোল্লবদি লাই অমা কণ্ডনবা তৌবা ওমদে হাঙ্গীনা থাজনরমী। সীতা ঠাকুরাণীনা অণ্ডাং অহুবু মুংশিবদি হেনজিন্না মুংশিখিবনা লাইগী অবতারনি হাঙ্গীনা খনখিব্রে; মরম অহুনা বোর পীবা ওন্নিবনি অমসুং কণ্ডবা লাইবু কিবদগী অণ্ডাংগী মমিং 'নিমাই' হাঙ্গীনস্নু থোনবা ওন্নিবনি।

১১৪। মুমিত্তা মসা ইরুবা—অণ্ডাং পোকপ মতুংদা মমানা ইরুজবা হৌনবা মুমিং অহুদা। কি অমা শিল্লে অনৌবা—ইরুজবা মুমিং অগুদা সীতা ঠাকুরাণীনা মিশ্র ঠাকুরদস্নু কি পীবে অমসুং মিশ্রগী মচা অহন বিশ্বরূপতস্নু কি পীরে। সম্মান—ইকাই খুম্নবা। শচী মিশ্র—শচী দেবী অমসুং জগন্নাথ মিশ্রস্নু কিনচিংবা অহু কংলে অহুগা সীতা ঠাকুরাণীবু মায়া ইকাই খুম্নবা উৎলে।

১১৫। লক্ষ্মীনাথ—মকম অসিদা লক্ষ্মীনাথ হাঙ্গীরগা খঙনরিবা অসি রাধানাথ। শ্রীকৃষ্ণবু থংনৈ। শ্রীরাধাগী প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণনা শচী জগন্নাথকী মযুমদা অণ্ডাং ওইনা কাওররে হাঙ্গীবসি ইঙ্গিং তৌহুনা হাঙ্গীরে। থাঙ্কৈশেংবা শ্রীকৃষ্ণনা মথোঙ্গীগী যুমদা অবতার তৌরে হাঙ্গীবসি শচী জগন্নাথনা খঙদে; অহুম ওইনমক ইবুংঙো মহাক্কা শাইওন্নরবসিদা মথোঙ্গীগী অনীংবা অপাম্বা পুম্নমক থুংলে; পুম্নমকস্নু থোইদোক হেন্দোক্লবা ভগবান্না কাওরবা মকম অহুদা করম্বা অন্নাংপা লৈথিগদগে? কৌ-ক্রেং শেল- থুম্নচিংন্না—অণ্ডাং কংলবা মতুংদগী মাইকৈ মরিদগী মী মযায়া মিশ্র ঠাকুরগী যুমদা শেল-থুম, কৌ-চেংনচিংবা পোৎ যায়া পুম্নতুনা পীরবা হৌরক্লে; পোৎনা যুম পুম্নথন থল্লে; অহুগা মী পুম্নমকস্নু মিশ্র ঠাকুরবু মযাংচৈদগী হেন্না সম্মান তৌবা হৌরক্লে; শচী মিশ্রগী মুংতোইবস্নু লোম্নদে নোংমগী হেনগৎলক্লে।

পুত্রের প্রভাবে যত, ধন আসি মিলে তত,
বিষ্ণুপ্রীতে দ্বিজে দেন দান॥ ১১৬
লগ্ন গণি হর্ষমতি, নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী,
গুপ্তে কিছু কহিল মিশ্রেরে।
মহাপুরুষের চিহ্ন, লগ্ন অঙ্গে ভিন্ন ভিন্ন
দেখি এই তারিবে সংসারে॥ ১১৭
ঐছে প্রভু শচীঘরে কৃপায় কৈল অবতারে
যেই ইহা করয়ে শ্রবণ।
গৌর প্রভু দয়াময়, তাঁরে হয়েন সদয়,
সেই পায় তাঁহার চরণ। ১১৮

অর্থ :—

মচাগী মপুলতনা, শেল চংলকই মরাং কাইনা
ব্রাহ্মণা দান তৌই যুমগী খন্দে॥ ১১৬
লগ্ন য়েংরদা হৰাওতুনা, নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা,
লোম্না মিশ্রদা রা থম্না হাঙ্গৈরে
মহাপুরুষকী খুদম্নি, লগ্ননা তিনবা হকচাংনি,
মহাক্না জগৎ লানবিবা তারে॥ ১১৭
শচীগী মযুমদা প্রভুনা, অৎতার তৌই কৃপানা,
মাসি কনাগুম্বনা তাবদা।
থৌজাল হৈবা গৌর প্রভুনা, মহাকপু থৌজানবিগুনা,
পূশিনবি মহাকী চরণশু॥ ১১৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১১৬। মিশ্র জগন্নাথ মিশ্র। শেংবা—পুকচেন শেংবা। ব্রহ্মণা দান শ্রীবিষ্ণু পেম্নবগীদমক ব্রাহ্মণশিংনা দান তৌই।

১১৭। শচীমাতাগী মপা শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা অৎাং পোকপগী পুফম অতু পাম্বনা থোংতুনা য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইজরে ; মহাক্না লোম্না মিশ্র ঠাকুরদা হাঙ্গৈরকই—“ঐনা অৎাং পোকপা মতমগী লগ্ননচিংবা য়েংবদা খঙলে, অৎাং অসি মহাপুরুষ অমা ওইগনি মহাকী হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক্তা মহাপুরুষকী খুদম উবা ফংই। অৎাং অসিনা জগৎপু অৎাবদগী লানবিগনি হাঙ্গৈনা নীংই।

পাইয়া মানুষ জন্ম, যে না শুনে গৌরগুণ,
হেন জন্ম তার ব্যর্থ হৈল।
পাইয়া অমৃতধুনি, পিয়ে বিষগর্ত্তপানি,
জন্মিয়া সে কেনে নাহি মৈল? ॥ ১১৯
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ, আচার্য্য অদ্বৈতচন্দ্র,
স্বরূপ রূপ রঘুনাথ দাস।
ইহা সভার শ্রীচরণ, শিরে বন্দি নিজ ধন,
জন্মলীলা গাইল কৃষ্ণদাস ॥ ১২০
ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে জন্ম মহোৎসব বর্ণনং নাম ত্রয়োদশঃ পরিচ্ছেদঃ ॥ ১৩

অর্থ :—

মীগী মপোক ফংলবদা, গৌরগী গুণ তাত্রবদা
মপোক অদু অরেম্বদা তারে।
অমৃত তুরেন ফংলগা, পণ্ডহনা হু থক্চিল্লগা,
মপোক অদু মাঙহনবদা তারে। ১১৯
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ, আচার্য্য অদ্বৈতচন্দ্র,
স্বরূপ রূপ রঘুনাথ দাস।
মখোঙ্গী সভাগী চরণবু, শুরুমজহনা ইমনবু,
পোক্পা লীলা শক্চরে কৃষ্ণদাস ॥ ১২০
শ্রীচৈতন্যচরিতমৃতগী আদিখণ্ডদা মহাপ্রভু পোক্পগী মহোৎসব শীংথাবা তরাহুমদোই তবা মতাং লোইজরে। ১৩

---

## গো-কৃপা-টীকা

১১৯ খাঙৈশোংব, অমৃতগী তুরেন ফংলবদু থাদু থণ্ডহনা মী অহনা হুনা থবা হৈবা কে,মগী ঙশিং থক্রবদি মহাকী পুন্সি অদু অরেম্বদা মাতই; অমৃতথহনা মী শুহনা পোকপা ফংলগা শ্রীগৌরাঙ্গ মহুৎতোগী গুণ কীর্ত্তন তৌবা পামদ্রবা জীব অমুগি, মহাকী মপোক অদু অরেম্বদা মাঙহনবা তারে। গৌরগী গুণ লোনথক্তনা কীর্ত্তন তৌদ্রবা মীওইনা পোকচবগী মথং যানবা কৌই।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত । আদি-লীলা

## তরামরি শুবা-মতাং

হরি ভক্তি বিলাসকী ( ২০/১ )

কথঞ্চন স্মৃতে যস্মিন দুষ্করং সুকরং ভবেৎ।
বিস্মৃতে বিপরীতং স্যাং শ্রীচৈতন্যং নমামিতম ॥ ১

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ১

অর্থ :—

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌর ভক্তবৃন্দ ॥ ১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লোক। ১। অন্বয়। যস্মিন ( ইবুংঙো-মহাকপু ) কথঞ্চন ( করিগুম্বদা ) স্মৃতে ( নীংশিংলগা ) দুষ্করং ( অরুবা থবক্ন্ ) সুকরং ( লায়না পাংথোকপা ) ভবেৎ ( ওই ); [ যস্মিন ] ( মহাকপু ) বিস্মৃতে ( কাউরবদি, নীংশিংত্রবদি ) বিপরীতং ( ওম্না-তৈনে— অরাঙ্গবস্ অরুবা ওইবা ) স্যাৎ ( ওই ), তং ( অদুম ওইবা ) শ্রীচৈতন্যং ( শ্রীচৈতন্য দেববু ) নমামি ( ঐনা খুরুমজরি )।

অনুবাদ। ইবুংঙো মহাকপু করিগুম্বা অমা তৌদুনা নীংলবদি অরুবা থবকসু লাইনা পাংথোকই অমসুং মহাকপু কাউরবদি, নীংত্রবদি ওম্-তৈনবা ওই ( অরাঙ্গবা থবকসু ওমদে ) অদুম ওইবা শ্রীচৈতন্য-প্রভুবু খুরুমজরি। ১

শ্রীচৈতন্য প্রভুগী অভাং ওইরিবগী লীলা শীংথাবদা মুংঙাইনা পাংথোক্নবগীদমক প্রভুবু নীংশিংবগী মাহাত্ম্য ( শুপ,মিংচৎ ) কীর্তন তৌদুনা খুরুমজরি।

„হরি ভক্তিগী লাইরিক্তা শ্লোক অসি মথাগী অমুম্না পানবসু য়াওই—কথঞ্চণ স্মৃতে যস্মিন দুষ্করং সুকরং ভবেৎ। বিস্মৃতিশ্চ স্মৃতিং যাতি শ্রীচৈতন্যমমুং ভজে।” মাসিদি হরি ভক্তি বিলাসতা য়াওদে হাইদুনা ইজরে।

প্রভুর কহিল এই জন্মলীলা সূত্র।
যশোদানন্দন যৈছে হৈল শচী পুত্র॥ ২
সঙ্ক্ষেপে কহিল জন্মলীলা অনুক্রম।
এবে কহি বাল্যলীলা সূত্রের গণন॥ ৩

অর্থ :—

প্রভুগী পোকপগী লীলা হাঙ্গজগে সূত্রদা।
শচীগী মচা ওইররে তৌ'গুন যশোদাদা॥ ২
পোকপগী লীলা হাঙ্গজরে মথংশিংনা শন্না।
হৌজিক হাঙ্গজরগে লীলা অঙাংগী শন্নপা॥ ৩

বন্দে চৈতন্য কৃষ্ণস্য বাল্যলীলাং মনোহরাম।
লৌকিকীমপি তমীশ চেষ্টায়া বলিতান্তরাম॥ ২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

(শ্লোক)। ২। অন্বয়। লৌকিকী মপি (মায়া লীলা ওইরবসু) ঈশ চেষ্টয়া (ঈশ্বরগী মচৎ লীলা) বলিতান্তরাং (নুংদা তিন্নবা) চৈতন্য দেবস্য (শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী) তাং (অদুম ওইবা) মনোহরাং (নিংথিজরবা) বাল্যলীলাং (অঙাংগী লীলাবু) বন্দে (ঐনা থুরুমজরি)।

অনুবাদ। মপানগী লীলানা অচম্বা মীগী মতৌ মান্নবসু মনুংদদি অচম্বা নত্তনা শান্নরিবা ঈশ্বরগী লীলা ওইরিবা, শ্রীচৈতন্যগী অদুম ওইবা নিংথিজরবা অঙাংগী লীলাবু ঐনা থুরুমজরি। ২॥

শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলা অসি মীগী লীলানি; মহাক্কী অঙাংগী লীলাসু শ্রেংবদা অচম্বা অঙাংগী লীলানি হাঙ্গনা নীংঙি; মরম অদুনা মাসিবু লৌকিকী লীলা (অচম্বা মীগী লীলা) হাঙ্গবা য়াই। তৌইগুমসুং অঙাংগী লীলা মতৌমান্নবসু য়াম্না কুপ্না শ্রেংলবদি ঈশ্বরগী লীলাগুম্না অচম্বা নত্তবা অলৌকিক্ ঐশ্বর্য্য তৌবত্তবা কোংদোকই হাঙ্গবা ঙম্বা ঙমী। য়ুমদা ধ্বজ-বজ্র নচিংবা য়াওবা খোংতাল তাবা উবা ফংই। (৫/৬ পয়ার)। মখামক্কী চরন্দা ধ্বজ-বজ্র নচিংবা খুদম লৈবা উই।

বাল্যলীলায় আগে প্রভুর উত্তান-শয়ন।
পিতা-মাতায় দেখাইল চিহ্ন চরণ ॥ ৪
গৃহে দুই জন দেখে লঘু পদচিহ্ন।
তাহে শোভে ধ্বজ বজ্র শঙ্খ চক্র মীন ॥ ৫
দেখিয়া দোহার চিত্তে জন্মিল বিস্ময়।
কার পদচিহ্ন ঘরে, না পায় নিশ্চয় ॥ ৬
মিশ্র কহে—বাল গোপাল আছে শিলা-সঙ্গে।
তেঁহো মূর্ত্তি হঞা ঘরে খেলে জানি রঙ্গে ॥ ৭
সেই ক্ষণে জাগি নিমাই করয়ে ক্রন্দন।
অঙ্কে লৈয়া শচী তারে পিয়াইল স্তন ॥ ৮

অর্থ ঃ—

অঙাং লীলাদা প্রভুনা লোংনা হিপ্লিঐদা।
উহল্লী চরণগী খুদম মমা-মপাগদা ॥ ৪
মখোঙ্গী অনিনা খোংগুল মচা অহু উই য়ুমদা।
ধ্বজ বজ্র শঙ্খ চক্র মীন লৈ মাহুদা ॥ ৫
মখোঙ্গী পুক্নংদা মাহু উনদা ঙকখরে।
য়ুমদা তারিবা খোংগুলসু কনাগীনো খঙদরে ॥ ৬
মিশ্রনা হাঙ্গ বাল-গোপাল লৈ শালগ্রাম-শিলা ওইনা।
য়ুমদা মূর্ত্তি পান্দুনা য়াই শান্নবগা—মানা ॥ ৭
খুদক অহুমক্তদা নিমাই লাউনা কপ্লক্লে।
শচীনা তুম্পাক্তা মাবু অমৃত পীখক্লে ॥ ৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪—১০। লোংমা অঙাং-গৌরচন্দ্রনা তুম্বীঐদা মমা শচী অমসুং পা জগন্নাথ মিশ্র মখোঙী অনিমা উরম্মী; মখোঙ্গী য়ুমগী লৈমাইদা অপিক—অপিকপা খোংগুল তাহনা লৈবা; খোংগুল অহুদা ধ্বজ, বজ্র, শঙ্খ, চক্র মীনগী চিহ্ন য়াওবা উবা ফংই, মী অইরগী খোংগুদি চিহ্ন মসাম অসি লৈবা হৌনদে; মরম অহুনা লৈবাক্তা লৌরিবা খোংগুল [illegible] [illegible], বজ্রমর্দনৎব। খুদম য়াওবা উবহুদা মখোঙ্গীনা য়াম্না ঙকখ্রে; কনাগী খোংগুল

তথাহি সামুদ্রিকে ( ৩ )

পঞ্চদীর্ঘঃ পঞ্চ সুক্ষ্মঃ সপ্তরক্তঃ ষড়ুন্নতঃ।
ত্রিহ্রস্ব পৃথু গম্ভীরো দ্বাত্রিংশল্লক্ষণো মহান॥ ৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

অঙাংদি চংপা ভরত্রিবনি, লোংনা হিপুনতা লৈবিবনি, য়ুমগী লৈমাইদা ( লৈবাক্তা ) খোংগুল তারিবাসিনদি ঈশ্বরনা তৌরিবনি হাঙিবগী তাব খনকম থোকই। প্রভুনা অঙাং ওইরিঙেগী লীলাদি যাসিনা ইহান-হানবা ঈশ্বরগী মতৌ ( ঐশ্বর্য্য ) উংপনি।

মহাপ্রভুগী খুয়াদা চিহ্ন ১৯ ভরামাপন লৈ; মাহুদি- ( ১ ) ধ্বজ ( ফিরান ) ( ২ ) খন্থান ( ৩ ) বজ্র ( ৪ ) অঙ্কুশ ( ৫ ) যব ( ৬ ) স্বস্তিক ( ৭ ) ঊর্দ্ধরেখা ( ৮ ) কোণ নিশান ( ৯ ) লিরুং ( ১০ ) কোণ অহুম ( ত্রিভুজ ) ( ১১ ) সনাবুল ( ১২ ) থা মচেং ( ১৩ ) অম্বর ( শূন্যগী মওং ) ( ১৪ ) ভা ( ১৫ ) বণ খোংগুল ( ১৬ ) জম্বুফল ( জাম ) ( ১৭ ) চক্র ( ১৮ ) মোইবুং ( ১৯ ) ছত্র। খুদম মযাম অসি য়ুমগী লৈবাক্তা তাবা খোংগুল্দা ভারা লৈরম্মী। মিশ্রগী য়ুমদা বালগোপাল্লা শালগ্রাম শিলা ওইনা লৈরম্মী॥

১১—১২। নীলাম্বর-চক্রবর্ত্তী লাক্লগা অঙাংগী খুয়াদা লৈরিবা ধ্বজ, বজ্রনচিংবা খুদমশিং অহু উরগা য়াম্না নুংঙাইজরে। নোক্লগা হাঙিরকই—"অঙাং অসিগী জম্মলগ্ন খোংতুনা অহানবদা য়েংবা মতমদা খঙ্গ্রবনি, অঙাং অসি শোইদনা মহাপুরুষ অমা ওহগনি মহাক্তী জম্মলগ্নদা মহাপুরুষগী লক্ষণ লৈ, অতুগা মহাক্তী মশাদস্থ মহাপুরুষকী লৈবা হৌনবা লক্ষণ ( খুদম ) কুন্থ্রানিথোই শুনা লৈ।"

শ্লোক। ৩। অন্বয়। মহান ( মহাপুরুষ ) দ্বাত্রিংশল্লক্ষণ ( খুদম কুন্থ্রানিথোই ) পঞ্চদীর্ঘ : ( হুকচাংগী মফম মঙা সাংবা ), পঞ্চ সুক্ষ্ম : ( হুকচাংগী মফম মঙা সুক্ষ্ম কুপ্পা ) সপ্তরক্ত : ( মফম তরেৎ ঙাংবা ), ষড়ুন্নত : ( মফম তরুক খাংবা ), ত্রিহ্রস্ব-পৃথু গম্ভীরঃ ( মফম অহুম লেম, মফম অহুম পাকপা অমসুং মফম অহুম গম্ভীর ওইবা )।

অনুবাদ। মহাপুরুষগী খুদম ( লক্ষণ ) কুন্থ্রানিথোইনি ( নাতোন, পাম্বোম, ইন্থু, ( চাইরুম ), খিং অমসুং খুউ ) মঙা অসি সাংঙি; ( উনশা, শম, খুৎকী তাং, য়া, অর্মঃসুং

নারায়ণের চিহ্নযুক্ত শ্রীহস্ত চরণ।
এই শিশু সব লোকের করিবে তারণ॥ ১৩
এই ত করিবে বৈষ্ণব-ধর্ম্মের প্রচার।
ইহা হৈতে হবে দুই কুলের উদ্ধার॥ ১৪
মহোৎসব কর সব-বোলাহ ব্রাহ্মণ।
আজি দিন ভাল, করিব নামকরণ॥ ১৫
সর্ব্বলোকের করিব ইঁহো ধারণ-পোষণ।
"বিশ্বম্ভর" নাম ইঁহার এই ত কারণ॥ ১৬
শুনি শচী—মিশ্রের মনে আনন্দ বাঢ়িল।
ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী আনি মহোৎসব কৈল॥ ১৭

অর্থ :—

নারায়ণগী খুদম লৈবা কজবা খুৎ-খোঙ্‌নি।
অঙাং 'সিনা মী পুম্নমক লান্‌বিরগনি॥ ১৩
মহাক্না বৈষ্ণব ধর্ম্মবু শদোক্নগদৌরি।
মাগী মমা-মপা শাগে—অনি লানগদৌরি॥ ১৪
ব্রাহ্মণ খিবিক্না খঙহল্লু মহোৎসব তৌসি।
ঙসি অফবা হুমিৎনি মিং থোম্নবগী তৌসি॥ ১৫
মী পুম্নমকপু মহাক্না য়োকপি-থাকপিদৌরি।
মরম অহুনা মমিং বিশ্বম্ভর কৌবা তারি॥ ১৬
শচী—মিশ্রগী পুক্নিংদা তাবদা নুংঙাইরে।
ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণী কৌহনা মহোৎসব তৌরে॥ ১৭

---

গৌর-কৃপা-টীকা

ভুউ) মকম মঙা অসি সুক্ষ্ম (কুপই); (মিংমপান—ম্বিংচি, খুযা, খুবাক, ঙৌ, চিন্নবাম, লৈয়েং অমসুং খুজিন) মকম তরেৎ অসি ঙাংঙি; (থবাক, লেংবান, খুজিন, নাত্তোন, খ্বাং অমসুং মায়) মকম তরুক অসি তোঙঙী; (গ্রীবা গুক, জম্বা কৈগল অমসুং মেহন ঔশিং চৎকম (শিশ্ন) মকম অহুম অসি হ্রস্ব তেল্লী, (খ্বাং, লাইবক অমসুং থবাক) মকম অহুম অসি পাকই; অমসুং (খোঙী, ঘর অমসুং বুদ্ধি) অহুম অসি গম্ভীর ওই। ৩।

একদিন শচী খৈ-সন্দেশ আনিয়া ।
বাটা ভরি দিয়া বৈল—'খাও ত খলিয়া' ॥ ২১
এত বলি গেল গৃহকর্ম্মাদি করিতে ।
লুকাইয়া লাগিলা শিশু মৃত্তিকা খাইতে ॥ ২২
দেখি শচী ধাঞা আইলা করি হায় হায় ।
মাটি কাড়ি লঞা কহে—মাটি কেনে খায় ? ॥ ২৩
কান্দিয়া বোলেন শিশু - কেনে কর রোষ ? ।
তুমি মাটী খাইতে দিলে, মোর কিবা দোষ ? ॥ ২৪
খৈ সন্দেশ অন্ন যত—মাটীর বিকার ।
এহো মাটী সেহো মাটী—কি ভেদ বিচার ? ॥ ২৫
মাটী দেহ মাটী ভক্ষ্য—দেখহ বিচারি ।
অবিচারে দেহ দোষ, কি বলিতে পারি ? ॥ ২৬

অর্থ : -

শচীনা কবোক্ সন্দেশ নোংমা পুরক্লগা ।
পাত্র থন্না পীদুনা চাও কখদুনা হাঙ্গৈরগা ॥ ২১
ইমুং মনুং থবক ইনথাং তৌবা চংখ্রিজৈদা ।
অত্তানো শন্দেশ লোৎলগা লৈবাক চারবদ ॥ ২২
শচীনা উরদুনা হায় হায় হাঙ্গৈনা চেল্লক্লে ।
লৈবাক মুল্লগা কবিগী লৈবাক চাবা হাঙ্গৈরক্লে ॥ ২৩
অঙাংনা কপ্লগা খুদ্মী কব্রিগী শাওব্রিবা ।
ঐগী করি দোষনো লৈবাক পীরগা চাকবা ॥ ২৪
লৈবাক্লা ওইবনি সন্দেশ চাক্ শঙ্গোম কবোক্ ।
লৈবাক অত্রুগা পোৎশিগা খেন্নদে করিস্থু ॥ ২৫
বিচার তৌবিয়ু হকচাং চিক্লাক, লৈবাক চাকনি ।
বিচার য়াওদনা পীবিরে দোষ, করি হাঙ্গেগনি ॥ ২৬

গৌর-কৃপা-টীকা

২০-২৩। কৈরোইশৈকাইগী অত্তাংশিংগা লোঙ্গৈনদুনা মথল-মথা অয়াবা মশাক্লা পুখোক্লুনা শাৱৈ ।

২৪-২৬। শিক্লাইবা কবোক-সন্দেশ চাদদুনা লৈবাক চাবগী, মতৌ অসি অত্তাং শ্রীশ্রীগৌর লীলাদি । তৌইশুপ্রভুং মনাগা হংবা খুদিংবা নিমাইনা পুরকপা অহুৰি অত্তাংগী

অন্তরে বিস্মিতা শচী বলিল তাঁহারে।
মাটী খাইতে জ্ঞানযোগ কে শিখাইল তোরে॥ ২৭
মাটীর বিকার অন্ন খাইলে দেহ পুষ্ট হয়।
মাটী খাইলে রোগ হয়,দেহ যায় ক্ষয়॥ ২৮
মাটীর বিকার ঘটে পানী ভরি আনি।
মাটীপিণ্ডে ধরি যবে,শোষি যায় পানী॥ ২৯

অর্থ:—

পুক্নিংঙক্না শচীনা হাঙ্গিরকই মচানা।
লৈবাক চাও হাঙ্গিছুনা কনানা তম্বী নংঙোন্দা॥ ২৭
লৈবাক্তগী থোকপা চাক চারগা নোঙ্গরি হকচাং।
লৈবাক চারগা ফত্তে, নাই ময়েং তাই হকচাং॥ ২৮
লৈবাকী চফুদা ঈশিং পুনরি হাপ্লগা।
তেম্পাক লৈতুমদদি ঈশিং চুপছিল্লী হাপ্লগা॥ ২৯

গৌর-কৃপা টীকা

য়াওাং নত্তে—ঈশ্বরগী মতৌনি। মমানা শাউবা উরগা নিমাইনা কপ্লম্মী (মাসি অওাংগী মতৌনি), কপ্লা কপ্লা হাঙ্গিরম্মী— ইনা নং কব্রিগা শাউরিবনো? নংনা ঐঙোন্দা লৈবাক চাও হাঙ্গিছুনা পীবগা, ঐগী করি দোষ লৈবগে? কবোক হাঙ্গিয়ু, সন্দেশ হাঙ্গিয়ু, চাক হাঙ্গিয়ু—পুম্নমক্তি লেবাক্তগী থোকপনি, মরম অসিনা পুম্নমক্তি লৈবাকী মওংনি—ওম্নমক্তি লৈবাকী মশক্তি, নংনা সন্দেশ কবোক পীবদা লৈবাক খুনি—ঐনা চাবা অদুম্ন লৈবাক্তি, মাতুদা করি খেন্নবা লৈবগে? বিচার তৌছুনা য়েংবিয়ু হকচাংসু লৈবাক্তি, ঐখোইনা চারিবা চিঞ্জাক ওইনবিবা চাক্লচিংবসু লৈবাক্তি। মরম অসিনা ঐনা লৈবাক চাবদা করি দোষ লৈবগে? ইমা নংনা বিচার ইতৌ-তৌদনা ঐঙোন্দা দোস পীবিরে, ঐদি করি খুম্নগনি?"

প্রভুগী য়াওাং পুম্নমক অসি ঈশ্বর ওইবগী মগুণ ফোংদোকপনি—ঈশ্বরগী শক্তি নত্তনা অওাং কনানা তত্ত্ববিচারগী য়া অসি ওাংবা ওমগদবগে? থোম থক্লিবা অওাং কমাম্ন ওয়োই।

২৭—২৯। থোম থক্লিবা নিমাইগী মচিন্দগী তত্ত্ব বিচারগী য়া তাবদা শচী মাতানা মপুক্নিংদা অঙকপা কংলে, তৌইগুম্বসুং মচাগী হুংশীবা অহুদা খুম্নহংখিছুনা অঙকপাই

আত্ম লুকাইতে প্রভু কহিল তাঁহারে।
আগে কেনে ইহা মাতা ! না শিখাইলে মোরে ॥ ৩০
এবে ত জানিনু আর মাটি না খাইব।
ক্ষুধা লাগিলে তোমার স্তনদুগ্ধ পিব ॥ ৩১
এত বলি জননীর কোলেতে চড়িয়া।
স্তন পান করে ঈষৎ হাসিয়া ॥ ৩২

অর্থ :—

আত্মা লোংসিন্দুনা হাঙৈখি-প্রভুনা মমাদা।
ইমা করিগী অহানবদা তম্বীদে ঐঙোন্দা ॥ ৩০
হৌজিক্তি খঙজরে লৈবাক চাজররোই লায়গা।
ইমাগী অমৃত থকচরগে লায়রুগা ॥ ৩১
অসি হাঙৈরগা মমাগী তম্পাক্ত কাতুনা।
অমৃত থক্লে প্রভুনা মো'মোন নোত্তুনা । ৩২

গৌর-কৃপা টীকা

কাউথি। শচীনা মুংশিবগা লোঙৈনন। নিমাইদা হাঙৈরকই – "ইবুংঙো, তত্ত্ব জ্ঞান পুম্নমক অসি নংঙোন্দা কনান তম্বীনগে? তাও ইবুংঙো, লৈবাক্না অমম্তুং লৈবাক্তগী থোকপা পোংকা পোংশক অমতা ওইবা নত্তে তোঙান—তোঙানবনি (মক্দা হৌবকপদা অমতা ওইরমম্তু মগুণশ্নী খেন্নবা লৈ); যেংঙু, চাক অসি লৈবাক্কগী থোকখিবনি; তৌইগুমম্তুং চাক চায়গা হকচাং নোঙৈ; অতুগা লৈবাক চাবগাদি নাত হকচাং ময়েং তাই। অমুম্তু য়েংউ, "ঘট" (চফু) অসি লৈবাক্না শাংনি, 'ঘট" অতুদা ঈশিং হাপ্তুনা পুবা য়াই; তৌইগুমম্তুং লৈবাক মতুমদা ঈশিং হাপ্লুরবদি ঈশিং চম্মক অহু কংসিনখি (চপসিনখি)। ফিবম মওং অসিদা লৈবাক অমম্তুং কবোক—সন্দেশকা মতৌ শরম্না মা ম হাঙৈন ইবুংঙো নংনা হাঙৈরিবনো?" (জ্ঞানযোগ তত্ত্ববিচার)।

৩০-৩১। মমাগী য়া তায়গা নিমাই মশানা ঈশ্বর ওইবগী তৌব-ভব-শক্তি অহু লোংসিন্দুনা অচম্বা অঙাং অমগী মতৌগুম্না হাঙৈরকই "ইমা অহানবদা নংনা য়া পুম্নমক্তি তাকপিদ্রবমিনা খঙদে; হৌজিক্তি নংনা তাকপিরবনিনা খঙজরে, অহুনা ঐহাক অমুক মতুংদা লৈবাক চাজররোই; লায়রুগা তম্পাক্তা লৈজরগা ইমাগী খোম থকচরগে।"

চোরে লৈয়া গেল প্রভুকে বাহিরে পাইয়া।
তার স্কন্ধে চড়ি আইলা তারে ভুলাইয়া॥ ৩৫
ব্যাধি ছলে জগদীশ হিরণ্য সদনে।
বিষ্ণুর নৈবেদ্য খাইল একাদশী দিনে॥ ৩৬

অর্থঃ—

হূরানবনা প্রভুবু মপান্দগী হূখরে।
হূরানববু ভকৃহন্দুনা তোংহনা থুংলরে॥ ৩৫
জগদীশ—হিরণ্যগী য়ুমদগী নাসিন্নহনা।
নৈবেদ্য চারে থোকপদা একাদশী মুমিংদা॥ ৩৬

---

## গৌর-কৃপ-টীকা

৩৫। প্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদা থোনবা অলঙ্কার সনা-লুপ। ময়াম অহ্ পাংমহনা লোংম্না হূরানবা অনিথক্না প্রভুবু পমহনা মখোঙ্গী ময়ুমদা পুহনা চংথরে। তৌইশুম্নস্তং বৈষ্ণবী মায়ানা (যোগমায়ানা) হূরানবা অনি অহবু শুমংথতুনা লম্বী লমওরুহল্লে, মতম শাংনা কোঙ্গহনুরগা মমৈথংদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী য়ুম অহবু হূরানবা মখোঙ্গী য়ুম ওইরবোই নীংহনা চংলকুনা থুংলবে। হূরানবনা নিমাইদা হায়রকই—"ইবুংঙো, কুমথরো য়ুম য়োরে।" সনা-লুপাগী লৈতেং ময়াম অহ্ হূরানবা অনি গ্রহনা ফংলগনি হাঙ্গনা খল্লুবদা য়াম্না মুংঙাইজে। মতম অদুদা নিমাইদি মোংোন মোংমোন নোকুনা মিশ্রগী (মপাগী) মতম্পাক্তা কাখংথরে। মতম অসিদা হূরানবা অনি অহনা জ্ঞান তারকুনা খোংকম অমা অনি তুংহন্না হন্দোক্লগা চেনখ্রে। (শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী আদি অষ্টমশুবা অধ্যায়দা য়েংবীয়ু।) মতাং অসিদা হূরানববু জ্ঞান তাহন্দতুদা ময়ুমদা অমুক হন্না পুরকপা শুম্নসি ঈশ্বরগী মতৌনি।

৩৬। প্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদা বপ্পদা কনাগুম্বনা হরিনাম শোন্নগা কপ্পা অহ্ তোক্কই। লোংমদি হকচাং শুমদবা শাসিন্নহনা য়াম্না কুইনা কপখ্রে হরিনাম শোনবদন্ন কপ্পা তোক্পা লৈখিদ্রে। প্রভুনা থাথন্ কুইনা তৌরগা হাঙ্গরকই, "ঐবু শিহনবীংজবদি জগদীশ পণ্ডিত অমসুং হিরণ্যগী ময়ুমদা চৎলু। শুসিদি একাদশী মুমিংনি, মখোঙ্গীদি মমা য়েন্নদা শ্রীবিষ্ণুদা নৈবেদ্য কৎলমগনি;

শুনি প্রভু ক্রুদ্ধ হৈয়া ঘর ভিতর যাঞা।
ঘরে যত ভাণ্ড ছিল ফেলিল ভাঙ্গিয়া॥ ৪০
তবে শচী কোলে করি করাইল সন্তোষ।
লজ্জিত হইয়া প্রভু জানি নিজ দোষ॥ ৪১
কভু মৃদু-হস্তে কৈল মাতাকে তাড়ন।
মাতাকে মূর্চ্ছিতা দেখি করয়ে ক্রন্দন॥ ৪২
নারীগণ কহে, নারিকেল দেহ আনি।
তবে সুস্থ হইবেন তোমার জননী॥ ৪৩
বাহির হইয়া আনিল (প্রভু) দুই নারিকেল।
দেখিয়া অপূর্ব্ব হৈল বিস্মিত সকল॥ ৪৪

অর্থ :—

প্রভুনা ভারগা শাউত্তুনা ইমুংদা চংথরে।
য়ুমদা লৈরম্বা চফু লংথাইত্তুনা থুগাইরে॥ ৪০
মাত্তুদা শচীনা অপাক্পা পমত্তুনা থেয়ে।
প্রভুনা লাজ্রে খঙলত্তুনা ইকাইখক্রে॥ ৪১
মাত্তুদা থোংলবা খুৎতুনা থারে মমাদা।
নিমাই কপক্রে, মমানা মাঙ্খিজনদা॥ ৪২
নুপীশিংনা হাঙ্গরকই, যুবী পূরকউ থুনা।
অদু ওইরবদি নংগী মমা ফগনি থুনা॥ ৪৩
প্রভুনা মপান্দগী য়ুবী অনি পূরক্লে।
মাত্তু উবদা মী পুম্নমক ইঙক ওক্লে॥ ৪৪

গৌর-কৃপা-টীকা

৪২—৪৪। নিমাইগী অহোংবা খুং মচা-অত্তুনা শচীদা থাবা অহানবা মচাগী মতৌ [illegible] হাইত্তুনা শচীনা [illegible] থাক্তশেংবা [illegible] নত্তে।

'নিমাইনা [illegible] য়ুবী অনি পূরকপা অসি মী পুম্নমক [illegible] মরমদি [illegible] য়ুবা অত্তু পুরকপদো হাইবত্তু [illegible] মসি প্রভুনা [illegible] [illegible] প্রভুনা [illegible] য়ুবী পুরকখুবা [illegible]

কভু শিশুসঙ্গে স্নান করেন গঙ্গাতে।
কন্যাগণ আইলা তাঁহা দেবতা পুজিতে॥ ৪৫
গঙ্গা স্নান করি পূজা করিতে লাগিলা।
কন্যাগণ মধ্যে প্রভু আসিয়া বসিলা॥ ৪৬
কন্যাগণে কহে আমা পূজ, আমি দিব বর।
গঙ্গা দুর্গা দাসী মোর-মহেশ কিঙ্কর॥ ৪৭
আপনি চন্দন পরি পরেন ফুল-মালা।
নৈবেদ্য কাড়িয়া খান সন্দেশ চালু কলা॥ ৪৮

অর্থ :—

মোংমা ঈরুজরিভেদা অঙাংশিংগা গঙ্গাদা।
কন্যাশিং লাক্লমী ঈশ্বর পূজাগী মাহ্‌দা ৪৫ ॥
ইরুজবা লোইহ্লনা পূজা তৌবা হৌরক্লে।
প্রভু, কন্যাশিংগী মরক চংখিহ্লনা ফম্লে ॥ ৪৬
কন্যাশিংদা হাঙ্গৈ পূজাতৌ ঐবু বোর পীবিনি।
গঙ্গা,দুর্গা, মহেশ ঐগী ইনাই ভাক্তনি ॥ ৪৭
প্রভু মশানা চন্দোন লৈ পরেং থোনজিন্দুনা।
চেং লফোই নৈবেদ্য সন্দেশ চাথোক্লে মুন্দুনা ॥ ৪৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৭। নিমাইনা কন্যাশিংদা হাঙ্গৈবকই—"গঙ্গা দুর্গানচিংবগী পূজা তোকথোক্লুনা ঐবু পূজা তৌ।, মহেশ (মহাদেব) ঐগী ইনাইনি, অদুগা গাঙ্গা, দুর্গানচিংবাসু ঐগা ইনাই মুপীনি; ঐনা পেল্লগা মথোঙ্গৈ পুম্নমক পেনবনি। মরম অসিনা ঐবু পূজা তৌ।"

রাঙাং 'সিদম্ভ্‌ ঈশ্বরনি হাঙ্গৈবা খঙহল্লী; মহাক্লা স্বয়ং ভগবানি হাঙ্গৈহ্লনা গঙ্গা-মহেশনচিংবা তম্ববু মহাক্কী শক্তি অমসুং অংশ-কলানি হাঙ্গৈহ্লনা মহাক্কী মনাইনি হাঙ্গৈরিবনি অমসুং স্বয়ং ভগবানগী পূজা তৌরবদা অতোপ্পা লাই পুম্নমক অমসুং ভগবৎকী মশক ওইবশিংমা পেল্লী, হাঙ্গৈরিবা মা অসিগ্ম অচুম্বনি (ভাঃ ৪।৩১।১৪) অদুগা কন্যাশিংনা কবি অমমগী ঈশ্বর পূজা তৌবা লাকপনো হাঙ্গৈবহ্লহ্‌ মহাক্লা খঙলম্মী। অদুনা কন্যাশিং অদুদী নপুক্লিং থুংহনগে হাঙ্গৈনম্ভ্‌ খল্লম্মী,। মথোঙ্গৈগী মপুক্লিং খঙবা মরমা নীংনা থুংহনবিগে হাঙ্গৈনা বাখল তৌহ্লনা কন্যাশিংগী মরক্তা চংলক্লুনা ফম্নরিবা অসি ঈশ্বরগী লেঙৌনি (মতৌনি)।

ক্রোধে কন্যাগণ বোলে-শুনহে নিমাই।
গ্রাম-সম্বন্ধে তুমি আমা সভাকার ভাই॥ ৪৯
আমাসভার পক্ষে ইহা করিতে না জুরায়।
না লহ দেবতাসজ্জ, না কর অন্যায়॥ ৫০
প্রভু কহে—তোমাসভাকে দিল এই বর।
তোমা সবার ভর্ত্তা হবে পরম সুন্দর॥ ৫১
পণ্ডিত বিদগ্ধ যুবা ধনধান্যবান।
সাত সাত পুত্র হৈবে চিরায়ু মতিমান॥ ৫২
বর শুনি কন্যাগণের অন্তরে সন্তোষ।
বাহিরে ভৎর্সনা করে করি মিথ্যা রোষ॥ ৫৩
কোন কন্যা পলাইল নৈবেদ্য লইয়া।
তারে ডাকি প্রভু কহে সক্রোধ হইয়া॥ ৫৪
যদি মোরে নৈবেদ্য না দেহ হইয়া কৃপণী।
বুড়া ভর্ত্তা হবে আর চারি চারি সতিনী॥ ৫৫

অর্থ :—

তৌম্মু নিমাই! কন্যাশিংনা হাঙ্গরকই শাওহুনা।
নংগা ঐখোঙ্গগা লৈকাইগী সম্বন্ধ ওইবনা॥ ৪৯
ঐখোঙ্গগী ইকমদা অন্যায় হাঙ্গনা তৌরকনু।
পূজাগী পোৎ লৌগনু নত্তবা তৌরকনু॥ ৫০
প্রভুনা খুম্নকই বোর পীবিগে নখোঙ্গ খ্বাইগী।
য়াম্না ফজবা নবুংতো ফংজৌ নখোঙ্গ খ্বাইগী॥ ৫১
পণ্ডিত রস খঙবা ইনাক-কৈরাক খুনবা ফংহুনা।
পুস্নিনা পাল্লু নীপা তরেৎ-তরেৎ পোক্লুনা॥ ৫২
বোর তাবদা কন্যাশিংনা মুংঙাইজে পুক্লিংদা।
মুংঙাইরবসু শাওসিন্নহুনা চৈ মপান্দা। ৫৩
কন্যা অমদি নৈবেদ্য পুহুনা চেনখরে।
মাবু কৌহুনা প্রভুনা য়াম্না শাউনা হাঙ্গরে॥ ৫৪
লীতুম্না নৈবেদ্য পীজরবদি ঐঙোন্দা।
অতোনবী ওইয়ু মুপী মরি লৈবা হন্নবদা॥ ৫৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৯। সম্বন্ধ—মরী মতা থোক্লবা।

৫৪। প্রভুদা নৈবেদ্য (অচাপোৎ) কৎনীংদবা মীদি নৌনা লুপ্রা পাগ্রা ওই। চলোংলুপুদা নজগা তুলসী পুংদা থম্নীবা শিদ্বিরাজগী মথক্তা তুলসী মনা অনিদং লোংনা নিঙ্গিগী কথাবাদি হয়েংমুক্তী মপোক্তা নৌনা লুপ্রা অমদি পাগ্রা ওইদে।

ইহা শুনি তা-সভার মনে হৈল ভয়।
জানি কোন দেবাবিষ্ট ইহাতে বা হয়॥ ৫৬
আনিয়া নৈবেদ্য তারা সম্মুখে ধরিল।
খাইয়া নৈবেদ্য তারে ইষ্টবর দিল॥ ৫৭
এইমত চাপল্য সব লোকেরে দেখায়।
দুঃখ কারো মনে নহে, সভে সুখ পায়॥ ৫৮
একদিন বল্লভাচার্য্যের কন্যা লক্ষ্মী নাম।
দেবতা পূজিতে আইলা করি গঙ্গা স্নান॥ ৫৯
তাহা দেখি প্রভুর হৈল সাভিলাষ মন।
লক্ষ্মী চিত্তে প্রীতি পাইলা প্রভুর দর্শন॥ ৬০
সাহজিক প্রীতি দোঁহার করিল উদয়।
বাল্যভাবাচ্ছন্ন তভু হইল নিশ্চয়॥ ৬১
দোঁহা দেখি দোঁহার চিত্তে হইল উল্লাস।
দেব পূজাচ্ছলে দোঁহে কৈল প্রকাশ॥ ৬২

অর্থ :—

মাহু তাবদা খ্বাই পুম্নমক কিরে পুক্লিংদা।
কনানা থওগনি লাইহোংলবদি মচিন্দা।। ৫৬
নৈবেদ্য পুরক্লুনা মথোঙ্গীনা প্রভুদা কৎলে।
নৈবেদ্য চারগা মানা অপাম্বা বোর পীরক্লে।। ৫৭
মতৌ অসুম্না প্রভুনা খ্বাইদা ভাওশিন্নবদা।
খ্বাইদু খুংঙাই কনাম্বু বারোদে মপুক্লিংদা॥ ৫৮
নোংমা বল্লভাচার্য্যগী মচানুপী লক্ষ্মী।
লাই পূজাশীনমক গঙ্গা স্নান্ লাক্লম্মী। ৫৯
প্রভুনা দেখা তৌহন্নীংলম্মী মাবু উরগা।
লক্ষ্মীসু পুক্লিং নুপলম্মী প্রভুবু উরগা।। ৬০
মথোঙ্গী অনি নুমরে মহোশাগী প্রেমদা।
মশা অঙাং ওইহন্নবৈগী মওং অসিদা॥ ৬১
মখোঙ্গী অনি য়েংনবগা পুক্লিংদা হুংহাইনরে।
লাইগী পূজা তৌবা শাশিন্নসি হাঙ্গীনা লেপরে॥ ৬২

গৌর-কৃপা টীকা

৬১- ৬২। মথাংগী লীলাদা প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইরগা, লক্ষ্মী দেবীনা বৈকুণ্ঠেশ্বরী- লক্ষ্মী; জানকী অমসুং রুক্মিণীগী ভাবদু তিন্নরগী (গৌরগণোদ্দেশ ৪৫।৪৬)। লক্ষ্মী-[illegible]

প্রভু কহে—আমা পূজ আমি মহেশ্বর।
আমারে পূজিলে পাবে অভীপ্সিত বর॥ ৬৩
লক্ষ্মী তাঁর অঙ্গে দিল পুষ্প চন্দন।
মল্লিকার মালা দিয়া করিল বন্দন॥ ৬৪
প্রভু তাঁর পূজা পাঞা হাসিতে লাগিলা।
শ্লোক পড়ি তাঁর ভাব অঙ্গীকার কৈলা॥ ৬৫

অর্থ ঃ—

প্রভুনা হাঈ ঐবু পূজা তৌ ঐ মহেশ্বরনি।
ঐবু পূজা তৌরবদি অপাম্বা বোর ফংগনি। ৬৩
লক্ষ্মীনা মবুংগোদা লৈ—চন্দন কচ্চরে।
মাল্লিকা পরেং হুক্চহনা খুরুমজরে॥ ৬৪
প্রভুনা মাগী পূজা ফংলহনা নোকচরে।
শ্লোক থীহনা ভাব কাঈহল্লোই হাঈনা য়াশক্খরে॥ ৬৫

---

গৌর-কৃপা-টীকা

জানকী অসি কৃষ্ণগী স্বরূপকী চায়থোক্তবীনি অহুগা রুক্মিণীনা শ্রীকৃষ্ণমকী চায়বীনি, মরম অসিনা লক্ষ্মী দেবীগা প্রভুনা অনীগী মরক্তা মহৌশাদগী কাঈনবয়াত্রবা প্রেম লৈনৈ। মরম অহুনা হৃদকী মপোক অসিদস্থ লৈমিন্নবীংবগী য়াথন ইত্তৌ তৌরুদনা মশা-মশাগী খমোইদা হুংশিনবা ফাওখি। মরম অসিদগী মখোঙ অনি হেক উনবদ হুংঙাইনৈ; ঈশ্বর পূজা তৌসি হাঈনা ভাব ফোংদাক্লে।

৬৩ ৬৪। কুমারী কন্যাশিংনা মপুক্লিংনা পাম্বা মতুংইন্না মপুরোইবা ফংননবগী দমক শিব পূজা তৌনৈ। লক্ষ্মী দেবীস্থ মাহুগীদমক শিব পূজা তৌগে লাকপনি। মাহুদা প্রভুনা হাঈ—"ঐবু পূজা তৌ, ঐ মহেশ্বর—শিবনি।" অংনা লৌংজবা পূজাকক ফংগনি।" প্রভুগী মাফমদা মতুঙইন্না লক্ষ্মীনা প্রভুদা পূজা তৌহনা থোরীদা লৈপরেং হুক্চুনা চন্দন পুক্লনা আত্মাস্থ য়াওনা কংখরে।

তথাহি ( ভাঃ ১০/২২/২৫ )।
সঙ্কল্পো বিদিতঃ সাধ্ব্যো ভবতীনাং মদর্চ্চনম্।
ময়ানুমোদিতঃ সোহসৌ সত্যোভবিতুমর্হতি॥ ৪॥

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লো। ৪। অন্বয়। সাধ্ব্যঃ ( হে কৃষ্ণনীংবী শা ) ভবতীনাং ( নখোইশী—নখোইনা ) মদর্চ্চনম ( ঐগী সেবা তৌবা ) [ এব ] ( লেপ্পক ) সঙ্কল্প ( নীংজবা, রাশকপা ) ময়া ( ঐনা ) বিদিতঃ ( (খঙিঙ ) অনুমোদিতঃ ( য়াবা ) সঃ অসৌ ( অদুম ওইবা ) সঙ্কল্প ( রাশকপা ) সত্যঃ ( অচুম্বা ) ভবিতুং অর্হতি ( ওইবদা মতিক চাবা ওইসনু )।

অনুবাদ। হে কৃষ্ণনীংবী পুন্নমক। ঐগী সেবা তৌবনা নখোইগী রাশক্রি ; (নখোইনা ইকাইছনা হাইদ্রবস্নু মাদু ) ঐনা খঙিঙ অমসুং ঐনা মাদু যাই, নখোইগী অদুম ওইবা পামজবা ( রাশকপা ) অদু অচুম্বা ওইসনু। ৪।

মযুম পান্দ্রিবা গোপ কন্যাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মবুংঙো প্রাণনাথ ওইনা ফংনেনবগীদমক কাত্যায়ণী ব্রত তৌরম্মী ; মমৈথংদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোইদা হাইবা শ্লোক অদু মাসিমক্রি।

কাত্যায়ণী ব্রতদা গোপীনা খুরুম্বগী মন্ত্রদি অসিনি—“কাত্যায়ণি মহামায়ে মহাযোগিন্যধীশ্বরি। নন্দগোপ সুতং দেবি পতিং মে কুরু তে নমঃ॥

অর্থ—হে কাত্যায়ণি! হে মহামায়ে! হে মহাযোগিনি! হে অধীশ্বরি। হে দেবী! নন্দগোপগী মচানু ঐগী ইবুংঙো প্রাণ নাথ ওইনবা পীজবিয়ু, ঐনা নংবু খুরুমজরি। ( শ্রীভাগবত। ১০/২২/৪ ॥ )”

সাধ্ব্যঃ—সাধু শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা সাধ্বী ওই, বহুবচনদা সাধ্ব্যঃ ওই ; গোপ কন্যাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মবুংঙো প্রাণ নাথ ওইনা ফংনবগী মমক রাখন তৌই ( নীতিঙ ) অদুনা মখোইবু সাধ্বী হাইরিবনি।

এইমত লীলা করি দোঁহে গেলা ঘর।
গম্ভীর চৈতন্য লীলা কে বুঝিবে পর ? ।। ৬৬
চৈতন্য চাপল্য দেখি প্রেমে সর্ব্ব জন।
শচী জগন্নাথে দেখি দেন ওলাহন ।। ৬৭

অর্থ :—

ময়ুম ময়ুমদা হন্নখরে লোইরগা লীলা।
কনানা খঙনি অথুপ্পা চৈতন্য লীলা ।। ৬৬
মীনা মুংশি চৈতন্যগী ভাওসিন্নবা উরগা।
পাহোপ্পী শচী জগন্নাথ মিশ্রবু উরগা ।। ৬৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

৬৬। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অথুপ্পা (অরুবা) লীলা অসি মাগী ভক্ত মনাই নত্রবদি কনানস্ু খঙবা ঙমদে। অরুবা ঈশিংগী মখাদা করি লৈবগে হাঙিবহু ইক্লপ্পা হৈবা মীন। লুপ্পগা পোং লৈ-লৈতে হাঙিবা খঙবা ঙম্মী, লুপত্রবদি লুপ্তুনা থিরক্তবদি ঈশিংগী মখাদা করি করি পোং লৈবগে হাঙিবহু খঙবা ঙমদে; অদুগুমহুনা শ্রীচৈতন্যগী লীলা রসতা লুপ্পা ঙমত্রবা মীশিং অদুদি ইবুংঙো মহাকী কবিগুম্বা অথুপ্পা (অরুবা) লীলা অমতা খঙবা ঙমদে। খুদমদিঃ—সাধারণগী মীনা শ্রীলক্ষ্মী দেবী অমসুং শ্রীনিমাইচাঁদ অনিবু অঙাং অমগা মুপী মচা অমগা অঙাংগী হৌনবী শান্নবদগী মুংশিনখি হাঙিনৈ তৌইগুমসুং শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীগী মোংভি প্রভুগী মহুং চনবা ভক্তশিংনা প্রভুগী নহালমুক্কী মপোক্কী লীলা খঙবনিনা অসুম্না হাঙিনৈ; প্রভুগা লক্ষ্মী দেবীগা অনি অসিদি মমাংগী মপোক্তগী পুন্না লৈমিন্নরকপনা হন্দকী মপোক্তসু মমাংগী লীলা নীংসিংলকপনি; মমাংগী মপোক খঙবা অসিসু ঈশ্বরগী মতৌনি।

৬৭। শ্রীচৈতন্যনা শান্নবদা ভাওসিন্নবা। মথক্কী পয়ার কয়ামুক্তা ভাওসিন্নবগী রা কয়ামুক হাঙিগে, অদু নত্তবা প্রভুগী ভাওসিন্নবা কয়ামুক্কী রা শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী আদি খণ্ডগী মরিগুবা অধ্যায়দা য়াওরি।

করি করিগুবা ভুমিংতা শ্রীচৈতন্যনা অঙাং মমান্নবশিংগা তিন্নহুনা মুমিং য়ুংবা মতমদা গঙ্গাদা কুমথহুনা ইরোইহুনা ঈশিং চাইসিন্নহুনা শান্নে। নীপা, মুপী, অঙাং, মুপীমচা, হমুবা, হমুবী, শান্ত দান্ত, য়ুমপানবা, লম্বোইবা মশীং নাইদনা গঙ্গা স্নান চংলী; মখোইশিং অদুগী মশাদা ঈশিং চাইসিল্লী, কনাগুম্বনা সন্ধ্যা পূজাগী থৌরাং তৌরিঙৈদা নাপী মশাদা খোঙজুম চাইসিল্লী, ঈশিং য়াদা উন্নগা কামসিল্লী; মাহুদা নীপা

এক দিন শচীদেবী পুত্রেরে ভর্ৎসিয়া।
ধরিবারে গেলা, পুত্র গেলা পলাইয়া॥ ৬৮

অর্থঃ—

নোংমা শচীদেবীনা মচাবু চৈ-থাংহনা।
ফাগে হাঙদনা চংপদা অচানা চেনখিহনা॥ ৬৮

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহু অমুকহন্না ইরুজখোকই। কনাগুম্বনা সাক্ষাহ্নিক তৌদুনা কমহুনা ধ্যান তৌহুনা লৌম্বিঙৈদা—মশাদা ঈশিং চাইসিনবি, অমসুং করিগুম্বা উপায় অমা তৌহুনা ধ্যান অহু কারহল্লী। কনাগুম্বনা গঙ্গাদা লেপ্পুনা সন্ধ্যা তৌম্বিঙৈদা নিমাইনা অরামদগী লাক্লগা খঙহোদনা মাগী মখোং পাঙদুনা চিংহুনা মকম অমা তাম্না পুহনা চংখি। কনাগুম্বগী লৈ—নৈবেদ্যগোকপনা পুহনা চংখি, কনাগুম্বগী ফি পুরগা লাপ্পা হন্দোক্লুই, কনাগুম্বগী শীতা লাইরিক পুহনা চংখি; কনাগুম্বগী নৈবেদ্য চাথোকই, কনাগুম্বনা পূজাগী আসন অহু মপান্দা থনম্লগা ইরুজবা কুমথরিঙৈনা নিমাইনা আসন অতুগী মথক্তা কমহুনা বিষ্ণু পূজা তৌম্বিরৈ, কনাগুম্বনা ইরুজবা লোইহুনা কাখচন্নকপদা লৈঙোই চাইসিনবি, অহুগা নীপাগী মফি অহু মুপীগী মফিগা ওন্নানা থম্মী, ইকজবা লোঈহুনা কারকপদা ফি শেংচিনবগী মতমদা ইকাইবা নংহুনা মাই। ইরুজম্বিবী মুপীমচা কুমারিশিংনা মনাক্তা চৎলগা মনাকোক্লা লোম্না বা হাঙদকই, থুম্লরুগা মশাদা ঈশিং চাইসিনবি; থুমক্ত্রগা মথোঙগী শিব পূজাগী পূজনকপা পোং অহু চাইখাইবি, কনাগুম্বগীসু মফি লোংসিন্দুনা থম্বি। মতৌ অদুম্না প্রাহুনা অঙাং ওইরিঙৈদা মাম্না ডাওসিম্নখি। মানা ওৎলুম্বিবা মীশিং অহুনা লাকুনা শচী-মিশ্রদা নচা থামজিল্ল হাঙদুনা পাওহোম্মে, অহুমদি ওইরগা নিমাইবু মমা-মপানা ফু-চৈসন্থু হাঙদনা লীংহুনা পাওহোম্বদি নত্তে, নিমাইবু মুংশিনবখিহনা মাগী মতৌ অহু মমা-মপাদা তক্লবনি। নিমাইগী লমচৎ অসি মপান্দা মাম্না ওৎপা ওইনা উরগনু লক্লোবদি মী পূমমক্তা মুংশি (মুঙাইবগী মশক ওইবগী লীলানি হাঙদুনা মী পূম্নমক্তা থনোইদা মুঙাইবা ফংই)। অহুম্নদি ওইরগা অঙাংনা ডাওশিল্লবা অসি মতুং ইন্না চৈন্না মদনক্কী মমক রাখন তৌই। মতুংদা, ডাওসিমবসি হেনগৎলকপা হাঙনা চিংনবুনা শচী অমসুং জগন্নাথ মিশ্রনা অম্নাম্বা মতমদা নিমাইবু শাস্তি ত্তৌনবা হোৎনৈ (হায়রকই)।

৬৮—৭১। বিশ্বরূপনা লম্বোইগ্রবগী তুংদা নোংমা মিশ্র মহাক্না লক্লিংখত্নগা জগন্নাথ তৌরকই—"বিশ্বরূপনা লাইরিক মক্না পাবগী মাক্না সংসার অমি মাক্না হাইবা ডাগুনা

উচ্ছিষ্ট-গর্ত্তে ত্যক্ত হাণ্ডীর উপর ।
বসিয়া আছেন সুখে প্রভু বিশ্বম্ভর ॥ ৬৯
শচী আসি কহে কেন অশুচি ছুঁইলা ? ।
গঙ্গাস্নান কর যাই অপবিত্র হৈলা ॥ ৭০
ইহা শুনি মাতাকে কহিল ব্রহ্মজ্ঞান ।
বিস্মিত হইয়া মাতা করাইল গঙ্গাস্নান ॥ ৭১

অর্থ :—

লুখাককোমদা লৈবা চফু অমগী মথক্তা ।
বিশ্বম্ভরনা মুংঙাইনা ফমগ্রে অমাংবথক্তা ॥ ৬৯
করিগী অমাংবা শোক্লিবগে৷ হাক শচীনা ।
মাংলকনিনা ইরুজো গঙ্গাদা চৎতুনা ॥ ৭০
মাহ তাবদা মমাদা ব্রহ্মজ্ঞান হাইমক্লে ।
মমানা ঙকহনা গঙ্গাদা ইরুহল্লে ॥ ৭১

## গৌর-কৃপা-টীকা

লর্ষোইহাইবনি : নিমাইস্ লাইবিক তমহল্লমবদি., শাস্ত্র থিবিক উরক্তুনা বিশ্বরূপকী মতৌঙদা লর্ষোইগ্রগনি। মরম অসিদা চিংনহুনা নিমাইবু লাইরিক তমহল্লে। মতম অসিদি নিমাইদি লাইরিক তম্লিংবগী মাথল অমা লাক্তুনা মাগী ঙাউসিন্নবা তোকপা হৌরক্লে। তৌইশুবসুং লাইরিক তমহল্লরোই হাঙ্গৈবা থঙলক্লবা মতম অসিদা মানা অমুক হন্না ঙাউসিন্নবা ফত্তবা হৌরক্লে। ফত্তবা অঙাংশিংগা তিন্নহুনা করি করিগুম্বদা ময়ুমগী করিগুম্বদা অতৌপ্পা মীগী য়ুমগী পোৎ-চৈ মাঙহনবা হৌরক্লে; করিগুম্বদা অতোপ্পা অঙাংশিংগা তিন্নহুনা কম্বলনা ( মীতৈ ঐখোয়না কম্পোর হাঙ্গৈনা থঙনবা ফিনা ) মশা অত্থু য়েৎসিন্দুনা সন শারগা অহিংগী মতমদা লৈকাইগী লকুগী বোন ( বন ) থুদেক্তুনা মাঙহল্লী; করিগুম্বদস্থ অহিংগী মতমদা কনাগুম্বগী য়ুমগী থোঙ-পুনা পান্সিন্দুনা মাপাল্লোমদা থিংজিন্নী। অতোপ্পা মথল কয়ামুক্তী লমহেনবগী থবক নিমাইনা তৌবা হৌরক্লে; তৌইগুম্বসুং বিশ্বরূপ লর্ষোইহুনা চৎথিবগী মুংশিমৈচাক্লা চাক্তুনা রানা লৈরিবা জগন্নাথ মিশ্রনা মচাদা চৈক্লগা করিঙৈদা য়ুম থাঙ্গোক্তুনা চেনথিবস্থ য়াই হাঙ্গৈনা বাথন তৌহুনা মচা নিমাইদা অশাওবা রা "মচেং" অমর্তা হাঙ্গৈদে

## গৌর-কৃপা টীকা

নোংমা নিমাইনা লুখাককোমদা তাহনা লৈবা চফু অমুবা অমগী মথক্তা ফল্লগী; চফু অমুবা শোক্লবগী হৌনবা হকচাংগী মচি-মচিদা অমুবা তৈবা অহুনা হায়া ফজরবা শক্তগী অমুক হেয়া ফজখরে। ফজবা গৌরনা মকম অহুদা কল্লগা নোক্তুনা লৈবা অহু মমাম্নবশিংনা উহনা মমাদা তাক্লরে; শচীমাতানা পাও অহুদা চেন্নতুনা নিমাইগী মতৌ অদু তাবদা ইওক-ওকখ্রে, মহাক্তি ব্রাহ্মণগী ইমুং-মচুং ওইবা অশেং-অমাং য়ায়া থাজনা চংপী মুপীনি, মচানা লমচং নাইদবগী শাজং উবদা য়ায়া ওকখরে। শচীনা মচাদা হাঙ্গরকই—"ইবুংঙো! অহুদা কনি তৌরিবনো? অমাংবা চফুগী মথক্তা করিগী ফম্লরিবনো? অহুগুম্বা চফু অহু শোক্লব্রবদি ইরুজখোকনি হাঙ্গবা নং খঙদ্রবরা? হৌজিক কাওবা নং জ্ঞান তাদ্রিবরা? বা অসি তাবদা নিমাইনা মকম অহুনা অহুম কল্লা-কল্লা খুল্লকই "ইমা, মতৌকরম্না খঙগনি? নখোঙ্গনদি ঐবু লাইরিক-লাইওদি তম্বিদে, ঐদি মূর্খনি (অপণ্ডবনি)—অফ—ফত্ত, অশেং-অমাং কল্লা খঙগনি?

ঐনা নীংজবদি পুম্নমক অসি অমত্তনি, মাসিদা অমুক অশেংবা-অমাংবা, অফবা-ফত্তবা, কদাইদা খেন্নরিবনো?" অসি হাঙ্গরম্লগা নিমাইনা অমাংবা চফু অহুগী মথক্তা কম্না-কম্না নোকপা হৌরক্লে। অহুদগী মমা-মচা-অশেং-অমাংগী মরমদা বা খরা যেংনবা (ককথোক—ককশিন) হৌরক্লে, মাহুগী মরমদা নিমাইনা অঙাং ওইনা অক্লবা তত্ত্ব ফোংদোক্লুনা হাইরক্লে—"ইমা, ঐনা ফল্লিবা মকম অসি য়ায়া শেংবা মফম্নি, কম্নিগুম্বা মতমদসু অমাংবা মকম ওইরোই, ঈশ্বরনা কম্নিগুম্বা পোৎ খরবু শেংনা অমসুং কম্নিগুম্বা খরবুনা মাংনা শেমদে, অসিগুম্বা পোৎ অসিনা অমাংবনি, অসিগুম্বা পোৎ অসিনা অশেংবনি হাঙ্গবা বা অসি চৎনরোল্লী (লোকাচারনি) অমসুং বেদগী বানি। চফু ময়াম অসিদা বিষ্ণুগী চাক থোংলহনি, ময়াম অসিবু করম্না মাংফম থোকপগে? অহুদগী অমুক ঐনা মথক্তা ফল্লি, ঐনা শোক্লবা পোৎ পুম্নমক অশেংবা ওইরবনি।" নিমাইগী বা তাবদা মী পুম্নমক পংনোক্তা নোকখ্রে। অহুদগী মমানা চেনসিন্নকুনা গঙ্গাদা ইরুজখোকপিন্নে হাঙ্গহুনা চিংথোক্লরে। নিমাইনা লাইরিক তমহন্দ্রবদি চৎলোই হাঙ্গহুনা থাওহনা লৈরে। মবৈথংদা মমানা কাহনা ইকজখোকপিন্নে, মমা শচীগী মশাত্ত ইরুজখোক্লে (শ্রীচৈতন্য ভাগবত, আদি খণ্ড মঙাশুবা অধ্যায়)। শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী মতুং ইন্না চফু অমাংবা ফম্বগী লীলা অসি পৌগণ্ডগী মতুং চল্লী, মরমদি—চহি মঙাদা লাইরিক তম্বা হৌবদা অঙাংগী মতম লোইরে, অঙাংগী মতম হেক লোইবগা পৌগণ্ড হৌরে। মাসি বৃন্দাবন

## গৌর-কৃপা-টীকা

ঠাকুরনা ইবনি, অদুগা কর্ণপুর অমসুং মুরারিগুপ্ত অনিনদি পৌগণ্ডগী মতাংগী ইরমদ্রে, অন্তাংগী মতাংদা খরা ইরম্লী, মরম অসিনা অমাংবা চফু পাঙবা অসি বাল্যদা অমুক পৌগণ্ডদা অমুকনি।

ব্রহ্মজ্ঞান—"সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" বাহৈপরেং অসিগী অদ্বৈতবাদীশিংগী কাংবুনা তৌবা ব্যাখ্যাদি জগৎতা উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ওাকনি, ব্রহ্ম ওইবা মরম অদুনা অমাংবা অমত্তং লৈতে। নিমাইনা মমাদা হাঙৗরকইবা বা অসি "ঐসীদি মকম খুদিংমক্তা জ্ঞান অনি শুত্রে (অদ্বিতীয় জ্ঞাননি) হাঙৗবনি।" অশেং—অমাংগী বা অসি ঐনা খনবা বাখনগী মতুং ইনবনি। অশেংগী দোষ নত্তে অদুনা নিমাইনা বা খরদং ওাংখোকখিবা অসি ব্রহ্মজ্ঞানাত্মক উক্তিনি হাঙৗনৈ।

থাদৈশেংবদি, পোৎ পুম্নমক অসি মর অমত্তদগী (ঈশ্বর অমসুং প্রকৃতিদগী) থোরকপনিনা মাংকম লৈত্তবনি; অদুবু লোকাচার—বেদাচার (চৎনরোল) মতুংইনা অশেং-অমাং থাঙৗদুনা লেপ্পী। আচার (লমচৎ) পুম্নমক অসি দেশকাল-পাত্রন-চিংবগী মতুংইনা ওারবগু মত্তম মত্তম অদুগী লমচৎ চৎনরিবা অদু দেশকী, সমাজগী অমসুং মীওইবগী ফননবগী মঙলগী মরমদা য়েংসিন্দুনা চৎনবা লমচৎ ওইরবদি মী পুম্নমক্তা মাদু ওাকদবনি, চৎকদবনি।

"গৃহস্থেন সদা কার্য্যমাচার পরিপালনম্। ন হ্যাচার বিহীনস্য সুখমত্র পরত্র চ॥ যজ্ঞদান তপাংসীহ পুরুষস্য ন ভূতয়ে। ভবন্তি যঃ সদাচারং সমুল্লঙ্ঘ্য প্রবর্ত্ততে॥—যুম্বানবা মীনা মত্তম লৈবখিবক্তা কত্তবা আচার (লমচৎ) ওাকনি, চৎকনি। হন্দকী মপোক হয়েংমুকী মপোক্তা লমচৎ থওদবা মীনা মুংওাইবা লৈতে। মী অদুনা কত্তবা লমচৎ (সদাচার) থাদোকুনা কত্তবা লমচৎতা পুরিং চংলগা যজ্ঞ, দান অমসুং তপস্যা তৌদুনসু হন্দকী মপোক্তা মহাকী অকবা মুংওাইবা ফংদে।" শ্রীহরি ভক্তি বিলাস। ৩—৪।

নিমাইনা অমাংবা চফুগী মথক্তা কমলুবসি মমা-মপাগী বাখন্দা ইচা অসি পওমত্রে, লাইরিক তম্বনবদা চুম্নগদোমাদ্রে হাঙৗনা খন্নবগীদমক্তি,—লমচৎ (আচার) ওাকনম

মিশ্র কহে—কিছু হউক, চিন্তা কিছু নাই।
বিশ্বম্ভরের কুশল হউক—এই মাত্র চাই॥ ৭৮
এক দিন মিশ্র পুত্রের চাঞ্চল্য দেখিয়া।
ধর্ম্মশিক্ষা দিল বহু ভৎর্সনা করিয়া॥ ৭৯
রাত্রে স্বপ্ন দেখে—এক আসিয়া ব্রাহ্মণ।
মিশ্রেরে কহয়ে কিছু সরোষ বচন॥ ৮০
মিশ্র! তুমি পুত্রের তত্ত্ব কিছুই না জান।
ভৎর্সনা তাড়ন কর, 'পুত্র' করি মান॥ ৮১

অর্থ :—

মিশ্রনা হাঙৈ ওইনীংবা অমা ওইজরসনু।
বিশ্বম্ভরগী খুদোংথীবা থোক্তবা ওইসনু॥ ৭৮
মিশ্রনা মচাগী চোংলম চাদবা উহুনা।
নোংমা ধর্ম্ম তম্বীরম্মী য়াম্মা চৈহুনা॥ ৭৯
অহিংগী মঙদা ব্রাহ্মণ অমা লাকপা উখি।
অশাওবা উৎতুনা ৱা খরা মিশ্রদা হাঙৈখি॥ ৮০
মিশ্র নংদি নচাগী তত্ত্ব করিস্রু খঙদনা।
নচানি হাঙৈনা নীংহুনা মারক্লে চৈহুনা॥ ৮১

গৌর-কৃপা-টীকা

নুপুর খোজেন তাবদগী হেন্দোক্লুনা অঙক-অঙকপা থৌরম কয়ামুকসু লৈরি, হৌজিক্কচগে তাবিয়ু—করি করিগুম্বা মতমদা ঐগী মাঙোন্দা স্বর্গগী লাই লেপ্তুনা লৈবা উবা ফংই। মখোইগী মশিংদি য়াম্মা য়ামগ্রে, মাঙোন অহু শিক থন্নো। মখোইনা মুরুম-মুরুম শোনবদি তারলা মরোল লৌবদি ঙমদে, কনাগুম্বা অমবু খুরুম্মিমাক্লে হাঙৈনা নীংঙি।"

৭৮। শচী মাতাগী ৱা তাগা মিশ্র মহাশয়না হাঙৈরকই—"অহাঙবা থোক্তা নূপুর খোজেলসু তাজলসু, লাই মরামসু মাঙোন থম্মা লাক্তুনা লেপচসনু, অহুগা অতোপ্পা অঙকপা থৌদোক কয়াসু থোকচসনু - মাহুদা ঐখোইনা ঙকপদি য়াই হাঙৈবসু মিনাইনসু খুদোং থীবদা তাজবদি ঐখোইনা চিন্তা তৌদবগী মরম করিসু লৈত্তে। ওইনে হাঙৈবা মৈথ ওইজলসু।"

মিশ্র কহে—দেব সিদ্ধ মুনি কেনে নয়।
যে সে 'বড়' হউক—মাত্র আমার তনয়।। ৮২
পুত্রের লালন শিক্ষা—পিতার স্বধর্ম্ম।
আমি না শিখাইলে কৈছে জানিবে ধর্ম্মমর্ম্ম ?।। ৮৩

অর্থ :—

মিশ্রনা হাঙ্গী লাই সিদ্ধ মুনি ওইনা উদে যাদি।
অচৌবা অমা ওইরবসু ইচানি মাদি॥ ৮২
মচাবু য়োকপা তম্বীবনা, মপাগী ধর্ম্মনি।
তম্বীদ্রবদি ধর্ম্ম— তাব বয়য়া খঙনি॥ ৮৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মিশ্র ঠাকুরনা নিমাইগী ঐশ্বর্য্যনচিংবা উরবসু মচাগী শোইগাম্বদবা খুদোংথিবদা তাদনবা নীংলী; মাসিনা শেংনা খঙনরিবদি ঐশ্বর্য্য পূমমক অসিবু নিমাইগী ঐশ্বর্য্যনি হাঙ্গনা নীংদ্রি; য়াদ্রি, য়ারম্ববদি মিশ্রনা নিমাইগী য়াইফনবা, খুদোংথীবদা তাদনবা নীংলোইদবনি। রাখল্লা লাম্বা কংব্রবা ঐশ্বর্য্য পূমমক্লা তিন্দুনা লৈরবা, স্বর্গগী লাই থিবিক্লা খাইবু উহন্দনা খুল্লম্বা মহাক্তবু করি অমুক খুদোংথীবদা তাকম লৈবগে? পূমমক অসি খঙনা-খঙনা নিমাইগী য়াইফনবা নীংলী; মিশ্র ঠাকুরগুম্না শাস্ত্র খঙবা লৌশিং-শিংবা চংখোনবা মী ওইবদি মীগী মরক্তসু অতাঙবনি। নিমাইনা ভগবান ওইবা, মানা ঐশ্বর্য্য পুথোকপা গুম্বা পূমমক অসি শুদ্ধ বাৎসল্যনা (মচা ওইবগী মুংশিবনা) থুমহংথিল্লুনা মিশ্র ঠাকুরগা শচী মাতাগনা খঙবা ওমথিদে, প্রভুনা মীগী লীলা শারবসি সিদ্ধি ওইনবগীদমক লীলা শক্তিনা মখোইগী জ্ঞান অম্বু কুপসিন্দুনা থমথি। নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা হাঙ্গরম্মী মতাংগী মশাদা মহাপুরুষগী খুদম (লক্ষণ) উবা কংই, অমাংগী মখোং-মখুংদা নারায়ণগী খোঙ-খুংগী চিহ্ন লৈ, অমাং অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোক্লুনা জগৎকী লায়নবগী (উদ্ধারগী) উপায় তৌরগনি। পূমমক্সী মিশ্র ঠাকুরনা তাবগা মপুক্লিংদা রাখল তৌই—"নিমাই অসি শ্রীনারায়ণগী কৃপা কংবা ভক্ত অমা ওইবা তাই, নারায়ণনা মাগা লোঙ্গননা লৈদুনা অমাংগী অশোঙ-অতাম তাকপিরিবোরে, মাহুদা নারায়ণগী নূপুর খোঞ্জেন তাবা ফংবনি, স্বর্গগী লাই মম্মা লাকুনা নারায়ণবু স্তুতি-নতি খুরুমজিবনি।" পূমমক্সি খল্লুনা মিশ্র ঠাকুরনা নিমাইগী ঐশ্বর্য্যবু নিমাইগীনি হাঙ্গনা পুক্লিংনা খল্দে, মহাক্না মচাগী রাখল্লা মতৌই অমম্লুং মচাগী মঙ্গলগী কননবগীদমক কৃ-চৈন্নুনা য়ারকপদা করিসু চিংনবা লৈদে।

মিশ্র বোলে পুত্র কেনে নহে নারায়ণ।
তথাপি পিতার ধর্ম্ম পুত্রের শিক্ষণ॥ ৮৫
এইমতে দোঁহে করে ধর্ম্মের বিচার।
বিশুদ্ধ বাৎসল্য মিশ্র -নাহি জানে আর॥ ৮৬
এত শুনি দ্বিজ গেলা হৈয়া আনন্দিত।
মিশ্র জাগিয়া হৈল পরম বিস্মিত॥ ৮৭

অর্থ :—

মিশ্রনা হাঙ্গি ইচানা নারায়ণ অত্তবনিনা।
মপাগী ধর্ম্মনি মচাবু তম্বীবনা॥ ৮৫
অসুম্না ধর্ম্মগী বিচার তৌনৈ মবানিনা।
মচা মুংশিবা নত্তনা অতৈ খঙদে মিশ্রনা॥ ৮৬
অসি তারগা ব্রাহ্মণ হনখরে নুংঙাইনা।
য়াহৌরকপদা ইঙক ঙকখরে মিশ্রনা॥ ৮৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮৪। মিশ্রগী মা তাবদা ব্রাহ্মণ (বিপ্র) না খুম্নকই—"মিশ্র! কনাগুম্বগী মচানা অথোইবা লাই ওইরবা (ল ইদগীসু হেন্না অথোইবা ওইরবা), মহাক্কী জ্ঞান অহুনা কনাগুম্বদা তম্নবা নত্তনা মশা মতোমদনা জ্ঞান লৈরে হাঙ্গিবা ফোংদোকচরবদি মহাক্কা অমুক অতোপ্পদা তম্নবগী কান্নবা লৈত্রে; অহুনা কান্নদবদা মচাবু তম্বীনবা মোৎনবদি মাননবা অরেপ্পা তাই।" ব্রাহ্মণ অহুনা একম গ্রসিদা ইঙ্গিত তৌহনা খঙহন্নী—"মাবু বংনা নচানি হাঙ্গিরিবসু, মাদি মী নত্তে—মাদি লাইনগীসু থোইদোক হেন্দোকপা ভগবাননি—মাদি জ্ঞানগী মশক্তি, মাবু অমুক তম্বিকবগী কইস্নুকান্নবা লৈতে। মাঙোন্দা করিগুম্বা হিরমদা জ্ঞানকী অমাংপা লৈতে।" মাগী জ্ঞান ফোংদোক্নরকপা মতমদা মীঙোন্দগী তম্না তাইত্রে। মশা এত্তোমদনা অহুম ফোংদোকচরবনি মহাক্কী জ্ঞান অসি লৈমলবিতেংগী সিদ্ধ ওইরবনি (অনাদি সিদ্ধনি); মহাক জ্ঞানগী মশক ওইবা স্বয়ং ভগবাননি।"

৮৫। "মিশ্রনা মা তাবদা" মিশ্রনা হাঙ্গিরকই—"স্বয়ং নারায়ণনা লেংলতুনা ইচা ওইনা পোকলিরবসু মপাগী তৌকম থোকপা মচা তম্বিবা হাঙ্গিবা অত্তুদি তৌগদবনি।"

৮৬—৮৭। বিপ্রনা মিশ্রগা, মপানা তৌকম থোকপা ধর্ম্মগী মরমদা মরৈ য়েৎনবস্থ মিশ্রনা মচা মুংশিবগী তাবনা কনমনবিহুনা বিপ্রগী যুক্তি মরৈ অহুনা করিসু তৌবা য়াত্রে। মিশ্রগী মাতাং তাবদা বিপ্রনা য়াম্না নুংঙাইরতুনা চংত্রে। মিশ্র ঠাকুর মতাং

বন্ধু বান্ধব স্থানে স্বপ্ন কহিল।
শুনিয়া সকল লোক বিস্মিত হইল ॥ ৮৮

অর্থ :—

মরূপ মপাংগী মকমদা মওগী রা তমলে।
মী ময়ামা মাহু তাবদা ইঙক-ওকলে ॥ ৮৮

## গৌ-কৃপা-টীকা

অসি স্নৌবা ফাওবা মও মওলম্নগা মিকপ থোক্নে। মিশ তুম্মুবদগী হোগৎলকপা মওমদা মওগী রা থল্লুবদা য়াম্না ওক্নে।

মহাপ্ৰ চেৎনা থাজরিবদি—নিমাই অসি মাগী মচানি, অত্তাংনি অক-কত্তা থল্লনবগী জ্ঞান লৈত্রি, ধর্ম অধর্মগী জ্ঞানসু লৈত্রি; করিগুম্বা জ্ঞান লৈরম্নবদি অমাংবা লুখাকোমগী চফু অমুবদা করিগী যম্ন গদগে অমস্তুং গঙ্গাগী ঘাটতা চৎলগা করিগী মীনা লাই থুরুম্বা সন্ধ্যা সেবা তৌবা থুগাইকগদগে? ঐগী, অসুম ওইবা চোংলম-চাদবা ইচা অসিবু ম্নারক্চরগা ধর্মগী পাওতাক তাৎপিরগা মওদা উরম্বা ব্রাহ্মণনা ঐত্তোন্দা শাওরম্নীবনা করিগীনো? মহাপ্ৰ নিমাইবু অচম্বা নত্তে, লাইদগী অথোইবনি, অমস্তুং স্বতঃসিদ্ধজ্ঞানী (মহৌশাদগী মশানা জ্ঞানী ওইজরবা) নি হাঙইহনা ঐনা ইচাগী মঙ্গল ওইনবা তৌবদগী তোক্নবা হোৎনরিবনা করিগীনো? ব্রাহ্মণ অহুনা কনানো? পুম্নমক অসি থল্লুবদা মিশ্র ওকথরে।

মিশ্র ঠাকুরগী শুদ্ধবাৎসল্যরসকী (মচাহুৎশিবা রসকী) মশক থওহনা রস অহু চুপনীংহনা অমস্তুং মচা স্নুংশিন্নিবা জীবশিংদা থওহম্নীংহনা থাজেশেংবা স্বয়ং মহাপ্রভুনা বিপ্রগী (ব্রাহ্মণগী) ফিজেৎ শেৎহনা মিশ্র ঠাকুরগী মমওদা তর্কবিতর্ক মরৈ হেৎনরগী; মচা স্নুংশিবগী রসনা থুমহৎখিহনা মিশ্র ঠাকুরনা মচা নিমাইবু ঈশ্বরনি হায়না থনখিদ্রে। বিপ্র শাহনা লাক্লিবা-প্রভুনা মিশ্রগী মচা স্নুংশিবদা য়াম্না চেৎপা অহু ঊবনা য়াম্না পোক্নহনা থরায় স্নুংঙ্গাইনা হনখ্রে।

৮৮। [illegible] ঠাকুরনা য়াং মরূপ মপা শিংদা মওগী রংগী পুম্নমক অসি চিংথনা [illegible]। মাহু তাবা মী পুম্নমক ইঙক-ওক্নরে।

এই মত শিশুলীলা করে গৌরচন্দ্র।
দিনে দিনে পিতা-মাতার বাঢ়য়ে আনন্দ॥ ৮৯
কথোদিনে মিশ্র পুত্রের হাথে খড়ি দিল।
অল্প দিনে দ্বাদশ-ফলা অক্ষর শিখিল॥ ৯০

অর্থ :—

অসুয়া অঙাংগী লীলা শারে গৌরাঙনা।
নিত্তিগী হুংঙাইহন্নী মীবু গৌরচন্দ্রনা॥ ৮৯
চহি মঙাদগী মহে তমহন্নে মিশ্রনা।
চৈতন্য তন্নানিথোই থুনা খঙজরে নিমাইনা॥ ৯০

## গৌর-কৃপা-টীকা

৮৯। অঙাংগী লীলা—অঙাংগী মতোওন্না লীলা। শ্রীমন মহাপ্রভুগী মশক্তি নিত্তিগী চহি ১৬ অয়াতরক শুবা ওইনা লৈ, চহি অসিদগী রাংন্থ রাংতবা হেনদু হেন্দবা ওইদুনা লৈ ( নিত্য—কিশোরনি )। অপ্রকট লীলাদা ( পাপ লৈবা মীবু উহন্দনা শারবা লীলাদা ) মহাক নিত্য-কিশোরনি; অপ্রকট লীলাদা, বাল্য লীলা ( অঙাংগী লীলা ) শারনবগী মতম অহাংবা লৈতে। প্রকট লীলাদা ( ফোংদোকপা লীলাদা ) পোকপগী লীলানা মরম ওইদুনা অঙাংগী লীলানচি বা কোৎনোকুনা মতুংদা নিত্য কৈশোর শারে। মহাক্না নিত্যকিশোর ওইরবসু অঙাংগী ভাবতা পুক্নিং চংলগা পৌগণ্ড লীলাগসু চুদুনা লৈ। মিশ্র ঠাকুরগী মঙগী লীলা অসিসু অঙাংগী লীলাগী মতুং চন্না; মাসিনা খঙনরিবদি শ্রীগৌরচন্দ্রনা বিপ্রগী ফিজেৎ রেৎতুনা মিশ্রগী মঙদা তশেংনা লাকপমক্তি।

৯০। অঙাংগী মতাং লোইরকপা পৌগণ্ডনা হৌরকপা মতমদা, চহি মঙা ওনরুপদা নিমাইদু মহে তমহন্নে।

চৈতন্য তন্নানিথোই—[১] ব-ফলা ( ক্য ), [২] র-ফলা ( ক্র ), [৩] ম-ফলা [৪] ঋ-ফলা (ৃক), [৫] ন-ফলা (ক্ন), [৬] ব-ফলা (ক্ব), [৭] ল-ফলা (ক্ল), [৮] য-ফলা ( ক্ষ ), [৯] রেফ-ফলা ( র্ক ), [১০] ল ফলা ( ক্ল ), [১১] ণ-ফলা ( ক্ণ ), [১২] স-ফলা ( ক্স ). তন্নানিথোই অসি মযেক তপ্পনি। করি কি শুন্না লাইরিক্তা চৈতন্য তন্নাগা লৈনদ্রু মাওই; ফলা তন্নানিথোই অসিদগী ৯-ফলা শিজিন্নদে।

পৌগণ্ড লীলার সূত্র করিয়ে গণন।
পৌগণ্ড বয়সে প্রভুর মুখ্য অধ্যয়ন॥ ২

অর্থ :—

পৌগণ্ড-লীলাসি সূত্র ওইনা শীংথাবদা।
প্রভুনা মহৈ তম্মী পৌগণ্ডগী মতাংদা॥ ২

তথাহি—গ্রন্থকারস্য—
পৌগণ্ডলীলা চৈতন্য কৃষ্ণস্যাতিসুবিস্তৃতা।
বিদ্যারম্ভমুখা পাণিগ্রহণান্তা মনোহরা॥ ২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

মহাপ্রভুগী চরণ থম্বান্দা লৈ অমতং কচ্চবতদা পুক্চেন ফত্তবা মীসু থুদক অদুনা পুক্চেন শেংহন্দুনা শুদ্ধসত্ত্ব ওইহল্লী, মহাপ্রভুগী চরণ নীংসিংবদা অপাংবা মীসু মাগী লীলা শীংথাবা ঙমহল্লী; মাসিদা কবি অমতা চিংনকম লৈতে ঙক্লোংঙাই লৈতে। মাসি খল্লুনা কবিরাজ গোস্বামীনা পৌগণ্ড লীলা শীংথাবা হৌবদা প্রভুগী কৃপা প্রার্থনা তৌবা শ্লোক অসি পীরিবনি।

২। পৌগণ্ড—চহি তরুক্তগী তরা ফাওবা পৌগণ্ডনি। পৌগণ্ডদা শারবা লীলা পূর্ণমক্তগী অথোইবদি লাইরিক তম্বনি। পূর্ণমকপু থঙলিবা ঈশ্বর জ্ঞানগী মপক ওইবা মহাক্না লাইরিক তম্বগী করিস্থ কাম্বা লৈতে; অদুম ওইনমক মীগী লীলাদা পুক্নিং চংখিদুনা অচম্বা মীগী অঙাংগী মতৌ গুম্না মহৈ তম্লিবনি; মাসিবু লীলা (শারবা) কৌই।

শ্লো। ২। অন্বয়। বিদ্যারম্ভ মুখা (মহৈ তম্বদগী হৌদুনা) পানিগ্রহণান্তা (নুপুংতগী চাংশিং লৌবা ফাওবা, লুহোংবা ফাওবা) চৈতন্য কৃষ্ণস্য (শ্রীচৈতন্য কৃষ্ণগী) মনোহরা (নীংথিজরবা) পৌগণ্ড লীলা (পৌগণ্ড লীলা) অতিসুবিস্তৃতা (য়াম্না শাংগে)। অনুবাদ শ্রীচৈতন্য কৃষ্ণগী "মহৈ তম্বদগী হৌদুনা লুহোংবা ফাওবা" পৌগণ্ড লীলা অসি নীংথিজে অমসুং য়াম্না শাংই। ২।

প্রভুনা লুহোংবসি পৌগণ্ড লীলাগী মথৈনি, অদুবাসি লুহোংবসি চহি ১০ মা ওইরা মতাই, লুহোংবগী মতুংদা কৈশোর লীলা হৌই। শ্লোক অসিগী অর্থ মতুংইন্না হায়খ্রবনি।

গঙ্গাদাস পণ্ডিত-স্থানে পড়ে ব্যাকরণ।
শ্রবণমাত্রে কণ্ঠে কৈল সূত্রবৃত্তিগণ ॥ ৩
অল্পকালে হৈল পঞ্জী-টীকাতে প্রবীণ।
চিরকালের পড়ুয়া জিনে হইয়া নবীন ॥ ৪
অধ্যয়ন লীলা প্রভুর দাস বৃন্দাবন।
চৈতন্য মঙ্গলে কৈল বিস্তারি বর্ণন ॥ ৫

অর্থ :—

গঙ্গাদাস-পণ্ডিতকী মফমদা ব্যাকরণ তমই।
সূত্রবৃত্তি পুম্নমক তাবত্তদা চীন্দা পুই ॥ ৩
ইকুই-কুইদনা পঞ্জী টীকাদা য়াম্না শিংলে।
কুইনা তম্লবা ছাত্রশিংদগী হৈবা হেল্লে ॥ ৪
প্রভুগী মহৈ তম্বগী লীলা বৃন্দাবন দাসনা।
চৈতন্য মঙ্গলদা ইখ্রে য়াম্না শন্দোকনা ॥ ৫

---

## গৌর-রূপ-টীকা

কবিরাজ গোস্বামানা ১।১৩।২৪ পায়ারদা ইবিরি—“পৌগণ্ডগী মতুংদা হাঙবদি পৌগণ্ড ওইরিবা মথৌ লুহোংত্রি।” তৌইগুম্বশুং মফম অসিদনা অমুক শ্লোক (২) দা পৌগণ্ডগী মমৈদা লুহোংঙি। করম্বা প্রমাণ্ডা নন্দুনা ইরিবা অসি থগুজবা ঙমজদে। মতুংগী পয়ার ২৫—২৭ তম্ন পৌগণ্ডগী মতুংদা লক্ষ্মী দেবী লুহোংঙি হাঙনা ইবিরি। তৌইগুম্বশুং শ্রীচৈতন্য ভাগবতগী আদি খণ্ডগী তরেৎশুবা অধ্যায়দা—যৌবনগী হৌরকপদা প্রভুনা লুহোংঙি হাঙনা ইরি। যৌবন হৌবা অসি চহি ১৬ তগীনি। কবি কর্ণপূরগী উক্তিশু শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী মতুং ইল্লী। মহাকী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত— মহাকাব্যগী তৃতীয় সর্গদা লক্ষ্মী দেবী লুহোংবগী মতাং অসি শ্রীজগন্নাথ মিশ্র লৈখিদ্রনা মতুংদনি। মতম অসি প্রভুগী যৌবন হৌরকপা মতম্নি। পৌগণ্ডদাদি লুহোংদে। (শ্রীচৈঃ চঃ মহাকাব্য ২/১০)।

৫। শ্রীচৈতন্য মঙ্গলগা (শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী) আদি খণ্ডগী ৬ শুবা অমশুং ৭ শুবা অধ্যায়দা প্রভুগী মহৈ তম্বগী লীলা শন্দোক্না ইখ্রে। মরম অদুনা কবিরাজ-গোস্বামীনা মফম অসিদা মখিংতা ওইনা ইরে।

একদিন মাতার করি চরণে প্রণাম।
প্রভু কহে—মাতা! মোরে দেহ একদান ॥ ৬
মাতা কহে-তাহি দিব, যে তুমি মাগিবা।
প্রভু কহে—একাদশীতে অন্ন না খাইবা ॥ ৭
শচী কহেন—না খাইব, ভালই কহিলা।
সেই হৈতে একাদশী করিতে লাগিলা ॥ ৮

অর্থ :—

প্রভুনা নোংমা মমাগী চরণদা খুরুমজদুনা।
হাইজৈ, ইমা দান অমতা পীনবিয়ু হাইনা ॥ ৬
মমানা হাঙ্গী পীগনি নখা অপাম্বা হুত্তা।
প্রভুনা হাই, চাক চাবিগনু একাদশী নুমিৎতা ॥ ৭
অকক্না খানিনা শচী চাবরোই হাইরে।
নুমিৎ অদুদগী একাদশী হৌখরে ॥ ৮

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৬—৮। শচী মাতাদি মরাংকৈদা একাদশী ব্রত তৌরমদে, প্রভুনা পৌগণ্ডগী মতাংদা নোংমা মমাগী চরণদা খাম্না নোমখা খুরুমজদুনা একাদশী নুমিৎতা চাক চাবিগনু হায়না হেনবিয়ু হাইনা হাইজরম্মী, মমানা মাহুদা যারম্মী অমসুং মাহুদগী হৌদুনা একাদশী ব্রত তৌবা হৌরে। ব্রত তৌবা হাইবা অসিনা খণ্ডনন্নবদি শ্রীকৃষ্ণদা আত্মা সমর্পণ তৌবনু খল্লৈ। ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা থল্লাই হকচাং কৎথোকই, অসিগুম্মদুনা ব্রতবু তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণদা থমাই হকচাং কৎথোকপা কৌই। মুংশিদবা মফমদদি থমাই হকচাং কৎথোকনীংদে।

একাদশীগী ব্রতবু তৌরবদি শ্রীবিষ্ণুনা পেল্লী, "একাদশী ব্রতং নাম বিষ্ণুপ্রীণন কারণম। (হরি ভক্তি বিলাস ১২। ৭।" মরম অদুনা একাদশী ব্রতগী অতোপ্পা মমিং অমদি হরিবাসর (হরিগী নুমিৎ) কৌই। ব্রত অসি বৈষ্ণবশিংনা তাক্লরিবগী মরম ২ শুবা অতোপ্পা অমদি—একাদশী নুমিৎতা নুমিৎ থোকপগী তাত্রিযগুবগী মতুংদা চাকসা পাপ পুরুষক তোংদুনা লৈ, মন্ত্র ওইবা অচৌবা পাপ মখা উপপাপ—[illegible] হাৎপা পাপ, সুরা অতাং হাৎপা, মমা-মপা হাৎপা পাপ অসিনচিনা পাপ পুরুষক

## গৌর-কৃপা-টীকা

চাকতা তোংহুনা লৈ। মরম অদিনা পাপ মরাম অসি চাশিন্নরবদি শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈবা ওমদে; মরম অদুদগী বৈষ্ণবশিংনা একাদশী ব্রতবু য়াম্না লুনা ঙাকনৈ। করিগুম্বা খণ্ডদহুনা একাদশী হুম্মিংতা চাকপু চারুম্ববদি ইশোই-শোঈদনা মথকী হাঈম্নিবা পাপ মরাম অসি পুবা তারে। হঃ ভঃ বিঃ ১২। ১২। মথকী আত্ম-সমর্পণগী খুদম অমতং উচ্চরি। { কনাগুম্বা নাপা অমম্বা মাগী মণ অমন্থুং শগোল অহুমীডোন্দা য়োম্বোকগ্রবা মতুংদা শাশিং অহুগী য়োক্রবশীদমক শক্তিক ফানবগী রাখন লৈত্রে, মতৌ অমুম্ব তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণদা হকচাং কংথোক্তুনা (সমর্পণ তৌহুনা) মশাগী রাখন থাজদাকপা অদুবু আত্মা সমর্পন — আত্মা নিবেদন কৌই }। শ্রীঅম্বরীষ নিংথৌনা একাদশী চম্নাহেন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা আত্মা সমর্পণ তৌখিবদগী মশাগী অমন্থুং লৈবাক্কী অম্বাবা তাম্নগদবগী মরমদা করিন্থু খনখিত্রে; মাহুদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চক্রদা হাঈম্নকই—"চক্র! নং ঐগী ইনাক্তা লৈম্নগনু, ঐঙোন্দা আত্মা সমর্পণ তৌরম্বা ভক্ত অম্বরীষ নিংথৌগী মকমদা লৈরম্নো, মাগী খুদোংথীবা লাকদম্না শুম্নমক নংনা ঙাকলুম্নো; অহুগা করিগুম্বা ঐনা নংবু দরকার লৈবা মতমদা কৌম্নকপদা হেক লাকউ।" মাথং অসিগী মতুংইন্না চক্রনা অম্বরীষপু উইন্দনা ঙাক্তুনা লৈখি। নোংমা দুর্ব্বাসা মুনিনা শ্রীঅম্বরীষ নিংথৌবু হাংকে তৌবদগী চক্রনা উহুনা মুনিবু হাংকে তৌবদা অম্বরীষনা কনবিখি। ঐথোঈম্নু অম্বরীষগুম্না আত্মা সমর্পন ওম্নবদি ঐথোঈগী খুদোংথীবা লৈরোই। বৈষ্ণবশিংনা একাদশী হুমিংতা চাবা হেন্নবা মরম অহুনা চাক অহু মহাপ্রসাদ ওইরবা ফাওবদা চানদে। হঃ ভঃ রঃ সিন্ধু। মরম অহুনা একাদশী ব্রতগী মরমদা শ্রীজীব গোস্বামীনা হবিরম্মী—"অত্র বৈষ্ণবানাং নিরাহারত্বং নাম মহাপ্রসাদান্ন পরিত্যাগ এব। তেষা মন্য ভোজনস্য নিত্যমেব নিসিদ্ধত্বাৎ। ২৯৯॥" ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র—নুপী-নীপা পুম্নমক্না একাদশী ব্রত তৌগদবনি। "ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বিশাং-শূদ্রাণাঞ্চৈব যোষিতাম। মোক্ষদং কুর্ব্বতাং ভক্ত্যা বিষ্ণো প্রিয়তরং দ্বিজাঃ॥ হঃ ভঃ বিঃ ১২। ৬॥" বর্ণ মরিগী মী ওইবদা নত্তনা ব্রহ্মচর্য্য, গৃহস্থবা, বানপ্রস্থ (বোন্দা লৈহুনা লাইনীংবা মী) অমসুং চাকনীবা—আশ্রম মরি অসিগী আশ্রম খুদিংমকী মীনা ব্রত অসি কংকদবনি। "ব্রহ্মচারী গৃহস্থো বা বানপ্রস্থোহথবা যতিঃ। একাদশ্যাং হি ভুঞ্জানো ভুঙক্তে গোমাংসমেবহি॥ হঃ ভঃ বিঃ ১৪। ১৫ শ্লোকে উদ্ধৃত বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর-বচন।" ব্রত অসি নুপীসু লুপ্রাবী ওইবা-ওইদবা থাঙনা ঙাকদবনি। ভক্তিগা লোঈননা ইমুং-মহুং অদুগী নুপী, নীপা, মচাগা লোঈননা ইমুং হুপ্পা একাদশী চরা হেনগদবনি। হঃ

তবে মিশ্র বিশ্বরূপের দেখিয়া যৌবন।
কন্যা চাহি বিবাহ দিতে করিলেন মন ॥ ৯
বিশ্বরূপ শুনি ঘর ছাড়ি পলাইলা।
সন্ন্যাস করিয়া তীর্থ করিবারে গেলা ॥ ১০

অর্থ :—

মিশ্রনা বিশ্বরূপ পাথং ফারকপা উবদা।
কন্যা অমতং লুহোংবিবা পায়ে পুরিংদা ॥ ৯
বিশ্বরূপা তারগা যুম থাদোক্লুনা চেনখরে।
লম্বোইহনা তীর্থ কোইবা চৎখরে ॥ ১০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ভঃ রিঃ ১২। ১৯।" মরম অসিনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মাগী মমা লুপ্রাবী শচীদা একাদশী চনা হেন্নবগীদমক হাঙ্গৈজরম্মী ; মমাসু মচাগী না অহু য়াবিরম্মী। মাসি শাস্ত্রগা চুনরবা য়ানি।

অশক্তস্ত ব্রতদ্বন্দে, ভুঙক্তে বৈকাদশী দিনে।
উপবাসং বুধ কুর্য্যাচ্ছ্রবণদ্বাদশী দিনে ॥ শ্রীহরি ভক্তি বিলাস।

কল্লি করিগুম্বা মতমদা একাদশী অনি থংননা থোক্লবদি অকোনবগী একাদশীদা ব্রত তৌগনি। বৈষ্ণবশিংনা মহাদ্বাদশীসু ব্রত তৌই। একাদশীগা মহাদ্বাদশীগা মুমিং অনি অমি গুম্লবদি চরাহেনবা হৌনৈ; করিগুম্বা চরা অনি হেনবা তমজ্রবদি একাদশীদা চাক চারগা মহাদ্বাদশী মুমিংন্তা ব্রত তৌগনি। মহাদ্বাদশী ব্রতদি তৌদবা য়াদে; অদুনা একাদশীদা চাক চারুবগী দোষ লৈতে ॥ হরি ভক্তিবিলাস ॥

৯—১০। সর্বগা ওনবা বিশ্বরূপা লম্বোইথিগদৌবগী মতৌ মাল্লকপদা মপা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা লম্বোইহল্লোই;দৌবগীদমক মচানা চহি ১৬ তরাতরুক শুরকপগী মতমদা যুম পালহনগদবগী থৌরাং তৌখি। মপানা থৌরাং তৌবা অসি খঙলক্লহনা বিশ্বরূপ লোয়া চেনখিহনা লম্বোইখ্রে।

শুনি মিশ্র পুরন্দর দুঃখী হৈল মন।
তবে প্রভু পিতা মাতার কৈল আশ্বাসন॥ ১১
ভাল হৈল—বিশ্বরূপ সন্ন্যাস করিল।
পিতৃকুল মাতৃকুল দুই উদ্ধারিল॥ ১২
আমি ত করিব তোমা দোঁহার সেবন।
শুনিঞা সন্তুষ্ট হৈল পিতা-মাতার মন॥ ১৩
এক দিন নৈবেদ্য তাম্বুল খাইয়া।
ভুমিতে পড়িলা প্রভু অচেতন হৈয়া॥ ১৪

অর্থ :—

য়াসি তাবদা শচী—মিশ্র য়াম্না য়াখরে।
মাহুদা প্রভুনা মমা-মপাবু থামজিল্লরে॥ ১১
বিশ্বরূপা লম্বোইথিবসি য়াম্না ফখরে।
মমা-মপাগী শাগৈ অনি লানবিবা তারে॥ ১২
ঐদি ইমা-ইপাগী সেবা কংজবা তারে।
য়াসি তাবদা মমা-মপাগী পুক্লিং পেল্লরে॥ ১৩
নোংমা নৈবেদ্য কা চাবদগী থওছোদনা।
লৈবাক্তা তুথরে প্রভু জ্ঞান মাওতুনা॥ ১৪

## গৌর-কৃপা টীকা

১১—১৩। বিশ্বরূপ অসি মথক্তা অঙাং নীপান শিথরবা মতুংদা পোকপনি। মরম অসিনা মমা-মপানা কয়া য়াম্না লুংশিবগে হাঙ্গৈবত্তু মমা-মপাদনা থওঙি। বিশ্বরূপা লম্বোইথিবগী পাও তাবদগী মমা-মপানা য়াবদা চাংদম্নীংঙাই লৈতনা য়াথি। মমা-মপাগী অয়াবা অহু উবদা নিমাইনা থাওবা ওমত্রহুনা হাঙ্গৈরকই—"পাবুং, ইমা, (পাবা, ইমা) ভগবানগী মরমদা য়াম্বুংনা (তাদবা) লম্বোইখ্রিবনি; অহুনা মহাক্তি সংসারগী অপুনবদগী কোল্লগনি, অহুগা মহাক্ত ভজন তৌবা অহুনা ইপাগী শাগৈনু লাল্লগনি, সংসারদগী ইমাগী শাগৈনু লাল্লগনি; ঐথোয় খাইগী মঙ্গলগীদমক লম্বোইপ্রবনি। মানা য়ুমদা লৈতে হাঙ্গৈতুনা থক য়াবিরুগনু; ঐবু য়েংহুনা লুংঙাইবিয়ু। তাদা চংখ্রবনু ঐদি লৈরিদনা। পাবুং ঐদি নখোইগী মনাক্তা লৈগনি, ইমা, ঐদি নখোইবু থক থাদোক্তুনা চংলোই, পুন্দি চুপা নখোইগী মনাক্তা লৈহুনা সেবা তৌগনি।" নিমাইগী বা তাবদা মমা-মপা লুংঙাইজরে।

আচম্বিতে পিতা-মাতা সুখ দিলা পানী।
দুই হৈঞা কহে প্রভু অপূর্ব্ব কাহিনী॥১৫
এথা হৈতে বিশ্বরূপ মোরে লঞা গেলা।
সন্ন্যাস করহ তুমি আমারে কহিলা॥১৬
আমি কহি—আমার অনাথ পিতা-মাতা।
আমি বালক, সন্ন্যাসের কিবা জানি কথা?॥১৭
গৃহস্থ হইয়া করিব পিতা-মাতার সেবন।
ইহাতেই তুষ্ট হবেন লক্ষ্মী নারায়ণ॥১৮
তবে বিশ্বরূপ ইহা পাঠাইল মোরে।
'মাতাকে কহিও কোটি নমস্কারে॥১৯
এই মত নানা লীলা, করে গৌরহরি।
কি কারণে লীলা, ইহা বুঝিতে না পারি॥২০

অর্থ :—

ইপা-ইমাগী ময়াদা ঈশিং ইত্থে থুনা।
প্রভুনা অঙকপা রা হাইরকই করাদুনা॥১৫
বিশ্বরূপনা ঐবু মুন্দগী পুথনা চৎলমী।
ঐঙোন্দা নং লহোইরো হাঈনা হাইরম্মী॥১৬
ঐনা খুমই, ইপা-ইমাগী সেবাগী মী লৈতে।
ঐহি অঙাংনি লহোইবগী মরম খঙবা লৈতে॥১৭
য়ুম পান্দুনা ইপা-ইমাগী সেবা তৌগনি।
মাদুনা লক্ষ্মী নারায়ণনা পেনবিগনি॥১৮
মাদুদা বিশ্বরূপনা থাবিরকপনি ঐবু।
মমাদা কোটিরক খুরুমজরকই ইমাবু। ১৯
অসুম্না গৌরহরিনা অয়াম্বা শান্নৈ লীলা।
খঙবা ঙমদে করি মরম্না শান্নবা লীলা॥২০

গৌর-কৃপা-টীকা

১৬—১৯। পয়ার কয়ামুক অসি প্রভুনা হাইবনি। শ্রীনিমাইনা হাইরম্মী, "ইমা, দাদানা নংগী চরন্দা কোটি কোটিরক হন্না খুরুমজরকই।"

কথোদিন রহি মিশ্র গেলা পরলোক।
মাতা-পুত্র দোঁহার বাড়িল হৃদি শোক॥ ২১
বন্ধুবান্ধব আসি দোঁহে প্রবোধিল।
পিতৃক্রিয়া বিধিমতে ঈশ্বর করিল॥ ২২
কথোদিনে প্রভু চিত্তে করিলা চিন্তন।
গৃহস্থ হইলাম, এবে চাহি গৃহধর্ম॥ ২৩
গৃহিণী বিনা গৃহধর্ম না হয় শোভন।
এত চিন্তি বিবাহ করিতে হৈল মন॥ ২৪

অর্থ :—

নুমিৎ খরা লৈরগা মিশ্র নোংগাখরে।
মমা-মচা মখোই অনি য়াম্না বারে॥ ২১
মরূপ-মপাং লাক্লুনা থেমজিল্লী মখোইবু।
মপাগী তৌকম থোকপা তৌহল্লী প্রভুবু॥ ২২
নুমিৎ খরা লৈরগা রাথন তৌরকই প্রভুনা।
য়ুম পাম্লগে য়ুমগী ধর্ম্ম ঙাক্লগে হৌজিক্না॥ ২৩
গৃহিণী নত্তনা ফজবা লৈতে য়ুমগী ধর্ম্মদা।
অসি খন্দুনা লুহোংলগে লেপ্লে মপুক্নিংদা॥ ২৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

২২। হয়েংমুকী মপোকা ফমনবগী (মঙ্গলগী) দময় মীনা শ্রাদ্ধ পোক্রে। শ্রীজগন্নাথ মিশ্র নিত্যসিদ্ধনি, ভগবংকী ইমুং-মণুংনি, অতনা মহাক্তি শিদে, শিদবা অংনম হয়েংমুকী মপোকী অক-কক্তস্ম লৈতে; অহুম ওইনমক প্রভুগী মায়া লীলা (লৌকিক লীলা) নিঙ্গি ওইনবগীদমক খাইনা শিনরিবসিগী মতৌ শাসিন্নহৃনা থুপগ্রে, অপ্রকট লীলাদা চংঙ্গে পাপ লৈবা (ভক্ত নত্তবা) মীবু উহনখিত্রে অমস্তং প্রভুস্ম পাপ লৈবা মীগী মতৌগুম্না হাঙ্গীরদি মপা শিবদা শ্রাদ্ধ শোনবগী মতৌগুম্না মহাক্ত, শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম শোক্লে।

শাস্ত্রগী মতুংইন্না বৈষ্ণবশিংনা শ্রাদ্ধ শোত্নরিবগী নিয়মদি—বিষ্ণুনা কাওলবা প্রসাদ (মহাপ্রসাদ) পিরক্নবনি। হরি ভক্তি বিলাসতা হায়রি—"প্রাপ্তে শ্রাদ্ধ দিনেহপি

## গৌর-কৃপা-টীকা

প্রাগন্নং ভগবতেহর্পয়েৎ। তচ্ছেষেণৈবকুর্বীত শ্রাদ্ধং ভাগবতোনরঃ ॥—ভগবান্দা পুম্নিং লুপ্না মীনা শ্রাদ্ধ চুমিংতা অহানবদা ভগবান্দা লুক কৎলগা, অমকৎপা লুক মহুনা শ্রাদ্ধ শোনগনি। ৯। ৮৪ ॥" হরিভক্তি বিলাসতা মাসিগী মরমদা অতোপ্পা শাস্ত্রগী রা অমন্থু য়াওরি। "বিষ্ণোর্ণিবেদিতান্নেন যষ্টব্যং দেবতান্তরম্। পিতৃভ্যশ্চাপি তদ্দেয়ং তদানন্ত্যায় কল্পতে। হঃ ভঃ বিঃ ৯। ৮৭—ধৃত পাদ্মবচন।—বিষ্ণুদা কৎলবা চাক্লা অতোপ্পা লাইবু (দেবতাবু) পূজা তৌগনি ; ইপা-ইপুশিংদসু বিষ্ণুদা কৎলবা চাক অদু কৎকনি ; অদু ওইরবদি অমাং-অতা লৈত্রবা ফোল, মহৈ কংই।" অমুকসু হাঈরি—"যঃ শ্রাদ্ধ কালে হরি ভুক্ত শেষং দদাতি ভক্ত্যা পিতৃদেবতানাম। তেনৈব পিণ্ডাং তুলসী বিমিশ্রান্নাকল্প কোটিং পিতরঃ সুতৃপ্তাঃ।। ৯। ৮৯—ধৃত ব্রহ্মাণ্ডপুরাণবচন। শ্রাদ্ধগী মতমদা ভক্তিগা লোঈননা ভগবদুচ্ছিষ্ট (ভগবানগী অরেম্বা) মহাপ্রসাদ অমসুং মাহুগা লোঈননা তুলসী মনা য়াওরবা পিণ্ডনা ইপা-ইমা অমসুং লাইশিংদা কৎলবদি ইমা-ইমা, ইবেল-ইপুশিং অহুনা চহি কোটিকল্প ফাওবা য়াম্না পেনবিতুনা লৈ।" স্কন্দপুরাণ্ডা শ্রীশিবনা হাঈখিবসু লৈ। "দেবান পিতৃন্ সমুদ্দিশ্য যদবিষ্ণোর্বি নিবেদিতম। তামুদ্দিশ্য ততঃ কুর্য্যাৎ প্রদানং তস্ত চৈবহি।। হঃ ভঃ বিঃ ৯। ৯০ ধৃতবচন।।—বিষ্ণুদা কৎলবা পোৎতনা লাইশিংদা অমসুং ইপা-ইপুদা কৎকনি।" ত্ত্সুম্না শাস্ত্রগী রাহৈ যাম্না শ্রীশ্রীহরিঃ ভক্তি বিলাসতা য়াওরি।

অতুগা শোঈবা য়াত্রবা বিধি অমদি একাদশী-ব্রতগী চুমিংতা শ্রাদ্ধগী চুমিং থোক্লবদি চুমিং অদু শ্রাদ্ধ শোনবা হৌনদে, মতুংগী চুমিংতা পারণগী চুমিংতা শ্রাদ্ধ শোনকম থোকই। মাসি কাউবা য়াত্রবা য়াকম্নী। "একাদশ্যাং যদা রাম শ্রাদ্ধং নৈমিত্তিকং ভবেৎ। তদ্দিনে তু পরিত্যজ্য দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধমাচরেৎ ॥ হঃ ভঃ বি, ১২। ২৯ ধৃত পাদ্ম-পুষ্কর খণ্ডবচন।—একাদশী ব্রত-চুমিংতা নৈমিত্তিক শ্রাদ্ধ চুমিং থোক্লবদি চুমিং অদু থাদোক্লগা নোংঙাক্লগা দ্বাদশী—চুমিংতা শ্রাদ্ধ শোনগনি। একাদশ্যান্তু প্রাপ্তায়াং মাতাপিত্রোমৃতেহহনি। দ্বাদশ্যাং তং প্রদাতব্যং নোপবাসদিনে কচিৎ।। ঐ-পাদ্মোত্তর খণ্ডবচন।—ইপা-ইমা লৈতবগী শিবগী শ্রাদ্ধ অদু একাদশী ব্রত চুমিংতা থোক্লবদি শ্রাদ্ধ অদু দ্বাদশী চুমিংতা তৌবা হৌনৈ ; চরাহেনবা চুমিংতা কৈদৌঙেদসু শ্রাদ্ধ শোনবা হৌনদে। একাদশী যদা নিত্যা শ্রাদ্ধং নৈমিত্তিকং ভবেৎ। উপবাসং তদা কুর্যাদ দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধ মাচরেৎ ॥ ঐ-কাত্যবচন ॥ একাদশীদা নৈমিত্তিক শ্রাদ্ধ চুমিং থোক্লবদি চুমিং অদু তদা

न গৃহং গৃহমিত্যাহুর্গৃহিণী গৃহমুচ্যতে।
তয়া হি সহিতঃ সর্ব্বান পুরুষার্থান সমশ্নুতে॥৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

হেন্দুনা লৈরগা দ্বাদশীদা শ্রাদ্ধ শোন্নুরবদি পাপ পুই, মাহুগী মরমসু হাঙ্গৈজরি। "যে কুর্ব্বন্তি মহীপাল শ্রাদ্ধং ত্বেকাদশীদিনে। ত্রয়স্তে নরকং যান্তি দাতা ভোক্তা পরত্তেকঃ॥ হঃ ভঃ বিঃ ১২।২৯ ধৃত—ব্রহ্মবৈবর্ত্তবচন॥ একাদশী মুমিংতা শ্রাদ্ধ শোন্নবদি পীজরিবা মপুনে (দাতা) চারিবা মীনে (ভোক্তা) অমসুং প্রেত অহুম্মক নবক তাই।" মথকী শাস্ত্রগী য়াহৈ পুন্নমক অসিদা একাদশী—শব্দদা একাদশী চবাহেনবা মুমিংকী য়াদা মহাঙ্গৈখ্রে; চরা হেনবা মুমিং অসিনা অনীগুরবদি গোস্বামীগী মোং লৌহুনা দ্বাদশী মুমিংতা চরা হেনবা, বৈষ্ণবশিংনা চৎনরি; অহুনা কবিগুপ্ত মতমদা একাদশী অনি শুরবদি অকোনবগী একাদশী অহু লৌহুনা চরা হেনগনি, মুমিং অহুদা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে, মতুংগী মুমিংতা শোনগনি; মাসিদা বৈষ্ণবশিংগী অচুম্বা চৎনরিবা নিয়মনি।

২৩—২৪। মুমিং খরা লৈরগা—শ্রীজগন্নাথ মিশ্র থুগখিবগী মতুং মুমিং খরা লৈবগা মপানা থুপখবরগী তুংদা প্রভুগী মথক্তা সংসারগী ভার পুন্নমক পুবা তারম্মী। অহুনা প্রভু মশানা যুম্বানবগী যুমুরেন ওইবে হাঙ্গৈনা খল্লী।

শ্লো। ৩। অন্বয়। গৃহং (যুম) ন গৃহং (যুম নত্তে) ইতি (অসুম্না) আহুঃ (পণ্ডিত-শিংনা হাঙ্গৈ), গৃহিণী (যুম পুরিবা মুপী) গৃহং (যুম) উচ্যতে (হাঙ্গৈনৈ), তয়া (মহাকী—যুম পুম্নিবী মুপী অহুগী) সহিতঃ (লোঙ্গৈনা) হি (লেপ্পমক) [গৃহী] (যুম পুরিবা নীপা) সর্ব্বান (পুন্নমক) পুরুষার্থান (শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা প্রেম ভক্তি) সমশ্নুতে (ফংই)।

অনুবাদ। যুমতবু যুম কৌবা নত্তে; যুম পুরিবা মুপীবুসু যুম কৌই, মরম অহুনা, যুম্বু (যুম+মপু) নীপানা মুপীগা লৈমিন্নরগা শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা থৌরম পুন্নমক (প্রেম ভক্তি) ফংই। ৩

পুরুষার্থান—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ—মরি অসিবু পুরুষার্থ (অপাম্বা লন) কৌই। সস্ত্রীকং ধর্ম্মমাচরেৎ বিধি অসিগী মতুংইন্না যুম্বু নীপানা মুপীগা লৈমিন্নরগা ধর্ম্ম-লন

দৈবে একদিন প্রভু পঢ়িয়া আসিতে।
বল্লভাচার্য্যের কন্যা দেখে গঙ্গাপথে। ২৫
পূর্ব্বসিদ্ধ ভাব দোঁহার উদয় করিল।
দৈবে বনমালী ঘটক শচী স্থানে আইল॥ ২৬

অর্থ:—

নোংমা প্রভুনা মহৈ তম্ফমদগী হল্লকপদা।
বল্লভাচার্য্যগী মমোমগা উনরে লম্বীদা॥ ২৫
নহালমুক্কী মপোক্কী রা নীংসিংনরক্লে।
বনমালী তুতিনা শচীগী নাক্তা লাক্লে॥ ২৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

নচিংবা চাওখৎননবা হোৎনবদা ফংলক্কদবা মহৈ (ফল) অহু মুপীগা লোঙ্গননা য়ুম্মু নীপা অহুনা ফংই ; চাওরাক্লা হাঙ্গন্নবদা, মুপী নত্তনা নীপা অহুনা য়ুমগী ধর্ম্ম নীংথিনা ঙাকপা ঙমদে ; মরম অহুনা মুপী অসি য়ুম পানবগী মরমদা থাদোকপা যাদে হাঙ্গনা মুপীবুস্ম য়ুম কৌই হাঙ্গবিবনি ; মতৌ অম্মুম্না য়ুম লৈতবা মীবুস্ম গুম্বানবা হাঙ্গবা য়াদবাগুম্না নীপা অহুগী মুপী লৈত্রবস্ম য়ুমপানবগী ধর্ম্ম নীংথিনা ঙাকপা ঙমদে হাঙ্গদুনা মাবুস্ম (নীপা অহুবুস্ম) য়ুম্বানবা য়ুম্মু হাঙ্গবা য়াদে।

মরম অসিনা মহাক্লা য়ুম্মু য়ুম পানবা ওইনীংলবদি লুহোংবা তাবনি। ১।৭।৮১

২৫। নোংমা প্রভুনা টোলদগী লাইরিক তম্মুবদগী হল্লকপদা, মমাংঙৈদা করিগুম্বা অমতা ওাংন-শাম্নবা ইলৈ-লৈতনা, ইথঙ-খঙহৌদনা বল্লভাচার্য্যগী মচান্মুপী লক্ষ্মী দেবীগা, গঙ্গাদা ইরুজবা চৎপগী লম্বীদা উনবে। লক্ষ্মী দেবীনা মযুমদগী গঙ্গাদা ইরুজবা চৎপদা উনরুবনি।

২৬। প্রভুদি শ্রীকৃষ্ণনা ওইরকপনি, লক্ষ্মী দেবীনা স্বয়ং শ্রীলক্ষ্মীনা ওইরকপনি ; মরম অসিনা মথোঙ্গ অনি মুংশিনবা অসি মশানা তাবনি (অনাদি-সিদ্ধনি) ; অহুনা খঙহৌদনা মথোঙ্গ অনি উনবদা, লক্ষ্মী দেবীনা প্রভুবু মবুংঙো ওইনীংঙি, প্রভুনা লক্ষ্মীবু চান্নবী ওইনীংঙি।

শচীর ইঙ্গিতে সম্বন্ধ করিল ঘটন।
লক্ষ্মীকে বিবাহ কৈল শ্রীশচীনন্দন। ২৭
বিস্তারি বর্ণিলেন ইহা বৃন্দাবন দাস।
এই ত পৌগণ্ড লীলার সূত্রের প্রকাশ॥ ২৮
পৌগণ্ডবয়সে লীলা বহুত প্রকার।
বৃন্দাবন দাস তাহা করিয়াছেন বিস্তার॥ ২৯

অর্থ :—

শচীগী ইঙ্গিৎতা ঙাইশেল ওইবা যারে।
লক্ষ্মীগা শ্রীশচীগী মচাগা লুহোংবিরে।। ২৭
রা অসি শন্দোক্না ইখরে বৃন্দাবন দাসনা।
পৌগণ্ড লীলা শুপচিন্না ফোংদোক্লে অসিনা।। ২৮
পৌগণ্ড মতমগী লীলা মখল যান্না যামখবে।
বৃন্দাবন দাসনা মাদু শন্দোক্না ইখবে।। ২৯

---

গৌর-কৃপা-টীকা

থৌদোক অসিগী গুমিং অসিমক্তদা বনমলা ডুতিনা (বনমালী অসি নহালমুক্কী মপোক্পা বিশ্বামিত্র মুনিনি অমসু শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা রুক্মিণীনা পাও থারক্পা ব্রাহ্মণ অদুনি) শচীমাতাগী মনাক্তা লাক্লুনা শ্রীনিমাইগ লক্ষ্মী দেবাগা লুহোংনবগী রা হৌদোকুই।

২৭। শ্রীচৈতন্য ভাগবতগী খণ্ডবা ওন্মী, বনমালী ডুতিগী রা অদু শচী মাতানা অহানবদা য়ান্নমদে, মাতনা হাঙ্গবগী—"নিমাইগী লাইরিক তম্নাবাস লোইখিসনু, অদুগী তুংদা লুহোংবগী রা খন্নসি।" রা অসি তবদা ডুতিনা নীংবা কাঙ্গদুনা হল্লক্লম্মী; অমসুং প্রভুদা রা পুন্নমক তম্লম্মী। প্রভুনা যুমদা লাক্লগা মমাদা হাঙ্গবর্ম্মী—"ইমাদি আচার্য্যগী মান্না ঙাক্নশিন্নবরে।" রা অসিদ শচীমাতানা মচাগী পুক্নিং খঙলদুনা বনমালী—আচার্য্যবু কৌদুনা লুহোংনবগী থৌরাং তৌনবগী য়াথং পীরে।

২৮। শ্রীচৈতন্য ভাগবতগী আদি খণ্ডগী ৯ শুবা অধ্যায়দা লক্ষ্মীগা লুহোংবগী সন্দোক্না ইখরে। শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী মতু ইন্না প্রভুনা পৌগণ্ডগী মতাংদা লুহোংখি হাঙ্গনা নীংজদে।

অতএব বিস্তার ইহাঁ। দেখাইল।
চৈতন্য মঙ্গলে সর্ব্বলোকে খ্যাত হৈল॥ ৩০
শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ৩১
ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে।
পৌগণ্ড লীলা সূত্রবর্ণনং নামঃ পঞ্চদশঃ পরিচ্ছেদ॥ ১৫

অর্থ :—

মরম অসিনা মাসিদা খজিক্কা ঊজরে।
চৈতন্য মঙ্গলদা ইবত্নু মীশিংনা খঙনরে॥ ৩০
শ্রীরূপ-রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংজৈ কৃষ্ণদাসনা॥ ৩১
শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি খণ্ডগী
পৌগণ্ড লীলা শুপাচিন্না শীংথাজবা তবামঙা শুবা মতাং লোইজবে॥ ১৫

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৩০। চৈতন্য মঙ্গল—শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা ইবা শ্রীচৈতন্য ভাগবত।

---

তরাতরুকশুবা মতাং ( ষোড়শ পরিচ্ছেদ )।

গ্রন্থকারম্ভ—

কৃপা সুধাসরিদ যস্য বিশ্বমাপ্লাবয়ন্ত্যপি। নীচগৈব সদা ভাতি তং চৈতন্য প্রভুং ভজে ॥ ১

## গৌর-কৃপা-টীকা

অন্বয়:। যস্য ( মহাক্কী—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী ) কৃপা সুধাসরিৎ ( কৃপাগী মশক ওইবা অমৃত তুরেন ) বিশ্বং (জগৎপু) আপ্লাবয়ন্তী অপি (ফজন থুম্নবসু) সদা (মতম লৈবখিবিক্তা) নীচগা এব ( অনেম্বারোমদা চেম্বগুম্না ) ভাতি ( ফোংদোকই ) তং ( অদুম ওইবা ) চৈতন্যপ্রভুং ( শ্রীচৈতন্য প্রভুবু ) ভজে ( ঐনা নীংজরি )। ১। অনুবাদ—ইমুংতো মহাক্কী কৃপাগী ( থৌজানগী ) মশক ওইবা অমৃত তুরেন্না জগৎ অপূম্ববু ফজনা মপুং ফানা থুম্নবসু মতম লৈবখিবিক্তা অনেম্বারোমদা চেম্বগুম্না ফোংদোকই ( উহল্লী ), অদুম ওইবা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু ঐনা নীংজরি। ১

শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপাবু অমৃতগা চাংদম্নরি; মাহুদা গৌর-কৃপাগী মাধুর্য্য ওইবা, অয়েপ্পা ওইবা অমসুং অরা-অনা পুম্নমক কোকহল্লী হাঙবা থগুহল্লী। অসিগুম্বা কৃপানা তুরেনগী মতৌগুম্না জগৎ পুম্নমক শিন-থুংনা চেল্লী। তুরেন্না ঈশিং চাউহনা অতংপা লৈতনা চেনবা মতমদা লম্বীদা লৈরম্বা পোং মথে ঈশিং ঈরেনা তাউহনা পুথে, শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপাসু অহুগুমহনা অতংপা লৈতনা চেম্বহনা জগৎ পুম্নমকপু থুমহংলি, পৃথিবীগী করিগুম্বা শরুক্তা কনাগুম্বা জীবনা—কৃপা অসি চংহল্লোই শোকহল্লোই হাঙহনা থৈদোকপা ওমদে।

তৌইত্তবসুং তুরেনগী ঈশিংনা থুমখিবা মফম থরদি মতম থরগী মতুংদা ঈশিং করিমতা উবা ফংদে—অরাংবা অমসুং লৈতেম মায়বা মফম ওইরবদি ঈশিং অহু চেম্বখিহনা ( অনেম্বা অংকুপা ) মফমদা তুংহনা লৈরুই; মফম অহুদা খ্বাইনা, ঈশিং তুংহনা লৈবগী

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ॥ ১

**অর্থ :—**

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ॥ ১

## গৌর-কৃপা-টীকা

থুদম প্রমাণ উবা ফংই, অরাংবা মফমদদি ঈশিং থ্মখি হাঙ্গবগী প্রমাণ করিস্থ উবা ফংদে—অহুগুমহুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মী পূম্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা কৃপা য়েনবিয়বস্থ মী পূম্নমক্কা মাহু লৌসিনবা (তূংহনবা) ওমদে; নাপন তৌবা মী মথেনা কৃপা অহু ওাকুনা তূংহনবা (লৌসিনবা) ওমদে, কৃপা অহুনা মথোঈগী মশা শোক্লম্মী হাঙ্গবগী করিস্থ থুদম উবা ফংদে; তৌইগুম্বস্থুং ভক্তিরাণীগী কৃপা লৈরবদি অয়াংবা মী অহুস্থ মশানা য়াম্না তোল্লবা মীনি হাঙ্গনা মপুক্লিংদা থঞ্জে—মী অহুগী থম্মোইদা নাপন, চাউথোকপা লৈহন্দ্রবদি—প্রভুগী কৃপা অহু থম্মোই অহুদা তূংহুনা লৈ, কৃপা তূঙ্গবা অহু ওাকুনা থংবা ওম্বা মরম্না কৃপা তুয়েন চেন্থবকপগী থুদম উহল্লী। মতৌ অম্না তৌহুনা নাপন য়াওব্রবা ভক্তগী থম্মোইদা গৌর-কৃপা উবা ফংই হাঙ্গহুনা মহৌসানা মী পূম্নমক্কা মপুক্লিংনা নীংনৈ—নাপন য়াওব্রবা ভক্তগী থম্মোইদা গৌর-কৃপা ফোংদোকই, অতৈদদি ফোংদোক্কে; মরম অসিনা হাঙ্গজবি, গৌর-কৃপাগী মশক ওইবা অমৃত তুয়েন্না মতম লৈবথিবিক্তা অনেম্বারোমদা চেন্থবগুম্না ফোংদোকই (উহন্নী), অনেম্বা মফমদা (নাপন য়াওব্রবা ভক্তগী থম্মোই) নত্তনা অতোপ্পদা চেনবা ওমদে। নোংগী ঈশিংনা মীচং-মীথাই নাইদনা পৃথিবী শিন্থ্নংনা ত্তাই, তৌইগুম্বস্থুং অরাংবা মফমদদি নোং হেক হাংখিবগা ঈশিং অহু অকুংপদা চেন্থথিহুনা অরাংবা মফম অহু নোং তাথি হাঙ্গবগী থুদম করিস্থ উবা ফংদে; অহুগুমহুনা গৌর-কৃপাস্থ মী পূম্নমক্কী মথক্তা চপ-মান্নবা চুথবিয়বস্থ নাপন য়াওদবা ভক্তনা লৌবা ওম্মী, অতৈনা ওমদে। মরম অসিনা মী অয়াবনা নীংনৈ, ভগবান্দি ভক্ততবু কৃপা তৌবি, অতে অতৈদদি তৌবিদে; তৌইগুম্বস্থুং থাজেশেংবদি মাহু নত্তে; ইবুঙো মহাকী কৃপাদি মফম থুদিংদা চপ মান্নে—পাত্র খেন্নবকী মায়কনা উবনি।

১। 'কৃষ্ণদাস কবিরাজনা পয়ার হৌষগী অহানবদা শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অমস্থুং শ্রী.গৌরভক্তবৃন্দবু থুকাজরি। 'জয়' হায়রিবা অসিগী অর্থদি থুরমজবা হায়রিবনি। অহুনা লাইরিক লেংলিবা গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যমঙ্গলবু থুরমজরি হায়রিবনি।

জীয়াৎ কৈশোর চৈতন্যো মূর্ত্তিমত্যা গৃহাশ্রমাৎ।
লক্ষ্যার্চ্চিতোহথ বাগদেব্যা দিশাং জয়িজয়চ্ছলাৎ ॥ ২
এইত কৈশোর লীলার সূত্র অনুবন্ধ।
শিষ্যগণ পড়াইতে করিলা আরম্ভ ॥ ২
শতশত শিষ্যসঙ্গে সদা অধ্যাপন।
ব্যাখ্যা শুনি সর্ব্বলোকের চমকিত মন ॥ ৩

অর্থ :—

মাসিনা কৈশোর লীলাগী সূত্র অহৌবা ওই।
অভাংশিংবু লাইরিক লাইশু তম্বিবকপা হৌই ॥ ২
শিষ্য চামা চামা লাইরিক নিতিগী তম্বিরকই।
ব্যাখ্যা তাবদা মী পুম্নমকী পুক্লিং শুকই ॥ ৩

---

গৌর-কৃপা টীকা

অহুগা মরম খুদিংমক্তা জয় ওইবিয়ু হাঈবা অর্থদসু 'জয়' হাঈবা য়াহৈ শিজিন্নৈ। শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দনচিংবা পুম্নমক্তা জয় ওইবিয়ু অসুম্না অথ পুবসু যাই।

শ্লোক। ২। অন্বয়। গৃহাশ্রমাৎ (যুমদা লৈনা) মূর্ত্তিমত্যা (মশক ওইদুনা) লক্ষ্যা (লক্ষ্মী—লক্ষ্মী প্রিয়ানা) অর্চ্চিত (সেবা তৌবা) অর্থ (অমসুং) দিশাং জয়িজয়চ্ছলাৎ (দিগবিজয়ীবু মাইথীবা পীবনা মরম ওইদুনা) বাগদেব্যা (সরস্বতীনা সেবা তৌবা) কৈশোর চৈতন্যঃ (কিশোর ওইবা শ্রীচৈতনা) জীযাৎ (জয় ওইসনু)।

অনুবাদ। লক্ষ্মীগী মশক ওইবী লক্ষ্মী প্রিযানা সেবা তৌবিবা ইবুংঙো অমসুং দিগবিজয়ীবু মাইথীবা পীবিনা অমসুং সরস্বতীনা সেবা তৌবা অদুম ওইবা কৈশোর ওইবা শ্রীচৈতন্য দেবনা জয ওইসনু। ২ গৃহাশ্রমাৎ—করি করিগুম্না লাইরিক্তা 'গৃহাগমাৎ' অহুম্না পানবসু ম্লাওই। য়ুমদা লৈরগা।

২। কৈশোর চহি তরামাথোইদগী অামতা ফাওবগী মতসু কৈশোর কৌই।

সর্ব্বশাস্ত্রে সর্ব্বপণ্ডিত পায় পরাজয়।
বিনয় ভঙ্গীতে কারো দুঃখ নাহি হয়॥ ৪
বিবিধ ঔদ্ধত্য করে শিষ্যগণ সঙ্গে।
জাহ্নবীতে জলকেলি করে নানা রঙ্গে॥ ৫
কথোদিনে কৈল প্রভু বঙ্গেতে গমন।
যাহাঁ যায় তাহাঁ লওয়ায় নাম সঙ্কীর্ত্তন॥ ৬
বিদ্যার প্রভাব দেখি চমৎকার চিত্তে।
শতশত পড়ুয়া আসি লাগিল পঢ়িতে। ৭
সেই দেশে বিপ্র-নাম মিশ্র তপন।
নিশ্চয় করিতে নারে সাধ্য সাধন॥ ৮
বহুশাস্ত্রে বহুবাক্যে চিত্তে ভ্রম হয়।
'সাধ্য-সাধন শ্রেষ্ঠ' না হয় নিশ্চয়॥ ৯

অর্থ :—

শাস্ত্র খিবিক্তা মাঙ্গখীবা ফংত্তি পণ্ডিত শিংনা।
কনাম্ব ইকাইদে প্রভুনা নোম্ন্ক্পনিনা॥ ৪
শিষ্যশিংগা লোঙ্গননা কাগি তৌহুনা শান্নে।
জাহ্নবীদা কুমহৈ তৌহুনা জলকেলি শান্নে॥ ৫
ঘুমিং কম্নানি মরুম প্রভুনা বঙ্গদা কোঙ্গখি।
চৎলু চৎলুবা মফমদা নাম সংকীর্ত্তন তৌহনখি॥ ৬
মহৈগী মগুণনা পুক্লিংঙা অঙকৃপা ফংহুনা।
শিষ্য চামা চামা লাইয়িক তম্নে লাক্লুনা॥ ৭
লম অদুদা তপন মিশ্র কৌবা বিপ্র অমনা।
সাধ্য-সাধনগী অবেপ্পা অচুম্বা খঙদহুনা॥ ৮
শাস্ত্র মম্নামগী ৱাহৈশিংনা অঙকৃপা ওইখয়ে।
সাধ্য-সাধনগী অয়েম্বা খঙবা ঙমদয়ে॥ ৯

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৮—৯। সাধ্য-সাধন—মীনা ভজমচিংবা তৌহুনা ফংনিংহুনা তাম্লিবা পোৎশক অহুবু লাখ্য কৌই।

স্বপ্নে এক বিপ্র কহে-শুনহ তপন।
নিমাই পণ্ডিত পাশে করহ গমন॥ ১০
তেঁহো তোমার সাধ্যসাধন কবিবে নিশ্চয়।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তেঁহো নাহিক সংশয়॥ ১১
স্বপ্ন দেখি মিশ্র আসি প্রভুর চরণে।
স্বপ্নের বৃত্তান্ত সব কৈল নিবেদনে॥ ১২

অর্থ :—

তপনগী মঙদা হাঙ্গীবম্মী ব্রাহ্মণ অমনা।
নিমাই পণ্ডিতকী মফমদা চৎলু হাঙ্গীনা॥ ১০
মহাক্কা অচুম্বা সাধ্য-সাধন খঙহনগনি।
মাবু চিংনগনু মাদি তশেংবা ঈশ্বরনি। ১১
মঙগী মতুংইন্না প্রভুগী চবন্দা চংজবে।
মঙগী ৱারী পুম্নমক খুকমহুনা হঙ্গচ্চবে॥ ১২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

সাধ্য হাঙ্গবা অসি ফংনীংলিবা পোৎ অহুবুনি। অদুগা ফংনীংলিবা পোৎ অদু ফংননবগীদবক উপায় কযামুক লৌবা ভাই, লোমল্লকপা, লমদং ফজননচিংবা থৌবম কযামুক তৌবা তাই, অতম শুইনা হোৎনবিবা থৌবম উপায পুম্নমক অহুবু সাধন কৌই। তপনমিশ্র পূর্ব্বনজগী পণ্ডা তুবেন মপন্দা লৈবম্মী। অমনা লাম্বাইববা মতুংদা থারি খণ্ডগী লম্বীদা বৃন্দাবন চৎলম্মী, হঙ্গ-হন্দা চংপদা প্রভুন মহাক্কা যুমদা ভিগ্না লৌম্মী।

মী-ওইবাশিংগী নফুংদা কনাগুম্বনা স্বর্গ ফংনীংডি, কনাগুম্বনা পরমাত্মাগা তিন্ননীংডি, কনাগুম্বনা ব্রহ্মাগা তিন্ননীংডি, অতগা কনাগুম্বনা ভগবৎ-সেবা কবা পাম্মী; মফম পুম্নমক অসিদা—স্বর্গ ফংবা, পরমাত্মগা তিন্নবা, ব্রহ্মাগা তিন্নবা, ভগবৎ-সেবা ফংনা হাঙ্গবা পুম্নমক অসি মথন অমমমগী সাধ্য বস্তু (ফংনীংলিবা পোৎ অহু) ওাক্কনি। মবমাওদা ফংনীংবা মীনা যোগ তৌবা: স্বর্গ পাম্বনা—লাইনা পাম্বা কর্ম্ম (থবক) তৌবা, ব্রহ্মাদা তিননা পাম্বনা জ্ঞান থিবা; ভগবৎ-সেবা পাম্বনা-ভক্তি অঙ্গচৎপা হৌনৈ; পুম্নমক অসিদা কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান, ভক্তি অসিনচিংবা অসি মথন-মথনগী সাধননি। [সাধন তৌরিবা অহুগী মতুংইন্না সাধ্য বস্তু ফংনৈ; জ্ঞান মার্গ শিজিন্নবদি ব্রহ্মাদা তিননা যাই, তৌইগুম্বস্মুং ভগবৎ-সেবাদি ফংলোই।

প্রভু তুষ্ট হঞা সাধ্যসাধন কহিল।
'নাম সঙ্কীর্ত্তন কর' উপদেশ কৈল॥ ১৩
তাঁর ইচ্ছা-প্রভু সঙ্গে নবদ্বীপে বসি।
প্রভু আজ্ঞা দিল, তুমি যাও বারাণসী॥ ১৪

অর্থ :—

প্রভুনা পেল্লদুনা সাধ্য-সাধন হাঙ্গৈরক্লে।
'নাম সংকীর্ত্তন তৌ' হাঙ্গৈনা পাওতাক পীনবিরক্লে॥ ১৩
তপন্না পামজে প্রভুগা নবদ্বীপ্তা লৈবা।
প্রভুনা যাথং পীরে, বরাণসী চৎনবা॥ ১৪

---

## গৌ-কৃপা-টীকা

১৩। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপিরিবদি শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌবতনা জীবগী সাধ্য বস্তুনি। অদুগা সাধনগী মবমদা তাকপিরম্বনা কলিযুগতদি নাম যজ্ঞনা মরূনি। হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরগা পূম্নমক ফংগনি। কজনা ময়েক লানা অমুকসু থংহল্লম্মী, "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥ নাম ১৬ মযেক ৩২ অসি থোঙ্গেন লাউনা কীর্ত্তন তৌনবগীদমক তপন মিশ্রদা প্রভুনা তাকপিরম্মী। অদুগা অস্মমসু তাকপী— 'মিশ্র নং নাম তবাতকক মযেক কুন্থ্রানিথোই অসি জপসু তৌ; মাসিনা নংগী সাধন্নি, জপ তৌর-তৌরগা থমোই, পুচেন শেংদবা অদু কোকখিগনি, মতম অদুদা নংগী থমোইদা প্রেমগী ময়োন চোংলক্কনি, প্রেম পোক্লবদি সাধ্য বস্তুগী মরমদা নংনা সাক্ষাৎ থওজবা ওমগনি, নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবতনা অদুম ওইবা সাধ্যবস্তু অদু ফংনবগী অথোইবা সাধন্নি।' অদুগা চিংনবা লৈতনা য়ানরবা তত্ত্ব, বিধিবুসু সাধ্য-সাধন কৌই। শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম লৈববু সাধ্য কৌই; অমসুং শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবা ভক্তিবু সাধন কৌই নাম, রূপ, গুণ অমসুং লীলা-চিংবা তাজগনি। থমোই, পুক্লিং সেংদধসি কোরূনবগীদমক নাম তাবা (শ্রবণ) অমসুং কীর্ত্তন তৌগনি। থমোই, পুক্লিং সেংলগা রূপ, শ্রবণ, কীর্ত্তন অমসুং স্মরণ (নীংসিংবা) তৌগনি। নত্রবদি পুক্লিং ফওদুনা রূ। মশক) লাকশিনবা ওমদে। অদুনা পূম্নমক অসিগী মচং মরূ ওইবদি শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌবতনা অথোইবা সাধ্যনি অমসুং নাম-সঙ্কীর্ত্তনতনা মাদুগী অথোইবা সাধন্নি। রূ পূম্নমক অসি প্রভুনা তপনমিশ্রদা তাকপিরম্বা রূ ওাক্তনি।

তাহাঁ আমার সঙ্গে তোমার হবে দরশন।
আজ্ঞা পাঞা মিশ্র কৈল কাশীতে গমন॥ ১৫
প্রভুর অতর্ক্যলীলা বুঝিতে না পারি।
স্বসঙ্গ ছাড়াঞা কেনে পাঠায় কাশী পুরী?॥ ১৬
এইমত বঙ্গের লোকের কৈলা মহা হিত।
নাম দিয়া ভক্ত কৈল-পঢ়াঞা পণ্ডিত॥ ১৭
এইমত বঙ্গে প্রভু করে নানা লীলা।
এথা নবদ্বীপে লক্ষ্মী বিরহে দুঃখী হৈলা॥ ১৮
প্রভুর বিরহ—সর্প লক্ষ্মীরে দংশিল।
বিরহসর্প-বিষে তাঁর পরলোক হৈল॥ ১৯
অন্তরে জানিলা প্রভু—যাতে অন্তর্য্যামী।
দেশেরে আইলা প্রভু শচী দুঃখ জানি॥ ২০

অর্থঃ—

মফম অহুদা উনসি ঐগা য়াথং পীরে।
য়াথং ফংলহুনা মিশ্র কাশীদা চৎখরে॥ ১৫
প্রভুগী লীলাদি খঙবা ঙমদে মবৈনা।
কাশীদা করিগী থাবা সঙ্গ থাদোক্লুনা?॥ ১৬
বঙ্গগী মা-শিংগী কাম্নবা ৎৌই অস্সুন্না।
নাম পীহুনা ভক্ত পণ্ডিত ওইহল্লী তম্বিহুনা॥ ১৭
বঙ্গদা অস্সুন্না লীলা যাম্না সান্নে প্রভুনা।
নবদ্বীপলোমদা প্রেমগী মৈচাক খাঙখি লক্ষ্মীনা॥ ১৮
প্রভুগী প্রেম-মৈচাক্কী লিন্না লক্ষ্মীদা চিকখরে।
মুংশি মৈচাক্কী-লিনগী হুনা লক্ষ্মী নোঙ্গাখরে॥ ১৯
ইবুংঙোদি অন্তর্যামীনিনা ভাবনা খঙলে।
মমাগী অবাবা উহুনা যুমদা লেংলক্লে॥ ২০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৯। নোঙ্গাখরে=সাঙখরে। লক্ষ্মী প্রিয়া দেবী অসি থাঙ্গৈশেংবা শিনমক্না চিকুনা শিবা মস্তে। জানকী সীতাগী সাইওন ওইনা সি ভাগা পুক্লিং মএহুনা পোৎরবী মুগীগী মথুংচৎলীংদহুনা মবুংঙো শ্রীগৌরাঙ্গনা বিষ্ণুপ্রিয়া দেবীবু লৌরগদবা মতম নকশিল্লক্লে খঙলহুনা মাঙখিবনি, মী উহনখিদবনি। ভক্তনা সিদ্ধ ওইরবদি শিবা হৌনদে।

ঘরে আইলা প্রভু লঞা বহু ধন জন।
তত্ত্বজ্ঞানে কৈলা শচীর দুঃখ বিমোচন॥ ২১
শিষ্যগণ লৈয়া পুনঃ বিদ্যার বিলাস।
বিদ্যাবলে সভা যিনি ঔদ্ধত্য-প্রকাশ॥ ২২
তবে বিষ্ণুপ্রিয়া ঠাকুরাণীর পরিণয়।
তবেত করিল প্রভু দিগ্বিজয়ী জয়॥ ২৩
বৃন্দাবনদাস ইহা করিয়াছেন বিস্তার।
স্ফুট নাহি করে দোষ-গুণের বিচার॥ ২৪
সেই অংশ কহি তাঁরে করি নমস্কার
যা শুনি দিগ্বিজয়ী কৈল আপনা ধিক্কার॥ ২৫
জ্যোৎস্নাবতী রাত্রি, প্রভু শিষ্যগণ সঙ্গে।
বসি আছেন গঙ্গাতীরে বিদ্যার প্রসঙ্গে॥ ২৬

অর্থ :—

শেন-থুম য়াম্না পুরক্নুনা থুংগরে প্রভুনা।
শচিগী অরাবা কোকহল্লে তত্ত্ব জ্ঞান্না॥ ২১
অমুক হন্না শিষ্যশিংগা মহৈগী শান্নরে।
বিদ্যানা মীবু চম্বগী ফাগী শান্নরে॥ ২২
অসিগী তুংদা বিষ্ণুপ্রিয়াবু লুহোংবিরে।
মথংদা প্রভুনা দিগ্বিজয়ীবু জয় তৌরে॥ ২৩
মরম অসি বৃন্দাবন দাসনা শন্দোক্লা ইথরে।
দোষ-গুণগী বিচার তৌবদা যান্না ইজদবে॥ ২৪
মাবু খুরুমজহুনা খজিক অসিদা ইজরে।
দিগ্বিজয়ীনা প্রভুগী বা তাবদা—পেন্দরে॥ ২৫
প্রভুনা শিষ্যশিংগা গঙ্গা মপান্দা থাবন্দা।
ফমহুনা লাইরিক্কী মরম খন্নরিঙৈদা॥ ২৬

---

## গৌর-কৃপা টীকা

২৩। বিষ্ণুপ্রিয়া দেবী—সত্যভামাগী সাইওন্নি।

হেন কালে দিগ্বিজয়ী তাহাঁই আইলা।
গঙ্গার বন্দনা করি প্রভুরে মিলিলা॥ ২৭
বসাইলা তাঁরে প্রভু আদর করিয়া।
দিগ্বিজয়ী কহে, মনে অবজ্ঞা করিয়া॥ ২৮
ব্যাকরণ পড়াহ নিমাই পণ্ডিত তোমার নাম।
বাল্যশাস্ত্রে লোক তোমার কহে গুণ গ্রাম॥ ২৯
ব্যাকরণ মধ্যে জানি পঢ়াহ কলাপ।
শুনিল ফাঁকিতে তোমার শিষ্যের সংলাপ॥ ৩০
প্রভু কহে—ব্যাকরণ পঢ়াই অভিমান করি।
শিষ্যেহো না বুঝে, আমি বুঝাইতে নারি॥ ৩১
কাঁহা তুমি সর্ব্বশাস্ত্রে কবিত্ব প্রবীণ।
কাঁহা আমি—সব শিশু পঢ়ুয়া নবীন॥ ৩২

অর্থ :—

দিগ্বিজয়ীনা মকম অহুদা চংলক্লে।
গঙ্গা খুরুম্নগা প্রভুগী নাক্তা লাক্লে॥ ২৭
প্রভুনা মাবু তরাম-তরাম্না ফমহল্লে।
দিগ্বিজয়ীনা থৌ-ইশা-শাদনা হাঈরক্লে॥ ২৮
নিমাই পণ্ডিত নংদি তম্বীবিবোরে ব্যাকরণ।
অঙাংগী শাস্ত্রদা মীনা ঙাংনৈ নংগী নগুণ॥ ২৯
কলাপ তম্বীরিবোরে ব্যাকরণগী মন্নুংদা।
ফাকি ওইনা তাই নংগী শিষ্যনা ঙাংনবদা॥ ৩০
ব্যাকরণ তম্নবদি নাপন কাঈ, হাঈ প্রভুনা।
অহুনা ঐনা খঙহন্দে, খঙদে শিষ্যশিংনা। ৩১
নংদি শাস্ত্র পূম্নমক্তা কবি ওইবমগনি।
ঐদি অনৌবা শিষ্যনি তম্বা কুইত্রিবনি॥ ৩২

---

গৌরা-কৃপ-টীকা

২৯—৩০। শাস্ত্র লাইরিক ময়াম তমত্রিঙৈদা ব্যাকরণ তৈয়ে, মরম অহুনা ব্যাকরণবু অঙাংগী লাইরিক হাঈনৈ। ব্যাকরা কয়ামুক লৈবা মনুংদা "কলাপ ব্যাকরণ"না খঙবদা লাঈনা থোকই।

লাইরিক শাস্ত্র পূম্নমক হৈববু পণ্ডিত কৌই। নিমাইদি ব্যাকরণ হৈবনি, অমু ওইরবমু পণ্ডিতনি। 'অ'কারগা 'অ'কারগা ভিন্নরগা 'আ'কার ওই, তৌইগুরমুং 'এ' কার কন্নিগী ওইত্রিবনো?—অসিনচিংবা ৱাঙাং অসি ফাঁকি কৌই।

তোমার কবিত্ব কিছু শুনিতে হয় মন।
কৃপা করি করহ যদি গঙ্গার বর্ণন॥ ৩৩
শুনিয়া ব্রাহ্মণ গর্ব্বে বর্ণিতে লাগিলা।
ঘটি একে শত শ্লোক গঙ্গার বর্ণিলা॥ ৩৪
শুনিয়া করিল প্রভু বহুত সৎকার।
তোমা সম পৃথিবীতে কবি নাহি আর॥ ৩৫
তোমার কবিতা-শ্লোক বুঝিতে কার শক্তি।
তুমি ভাল জান অর্থ, কিবা সরস্বতী॥ ৩৬
এক শ্লোকের অর্থ যদি কর নিজ মুখে।
শুনি সব লোক তবে পাইব বড় সুখে॥ ৩৭

অর্থ :—

নংগী কবিগী গুণ অহু থরা তাক্কনীংঙি।
চানবিয়বদি, গঙ্গাগী মহমদা তানীংঙি॥ ৩৩
ব্রাহ্মণনা নাপনগা লোয়ঙননা হাঙবা হৌরক্লে।
পুং অমদা শ্লোক চামা গঙ্গাগী গুণ খীরক্লে॥ ৩৪
মাহু তাবদা প্রভুনা য়াম্না—থাগৎলক্লে।
নংগা মান্নবা কবি পৃথ্বীদা থরা তাওলে॥ ৩৫
নংগী কবিতা শ্লোক কনানা খঙবা ঙমগনি।
সরস্বতী নত্রগা নংনা অর্থ খঙগনি॥ ৩৬
নংগী শ্লোকী অর্থ তৌরবদি নশামক্না।
তাবদা য়াম্না নুংঙাইগনি মী পুম্নমক্না॥ ৩৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্লোক—৩৭। দিগ্বিজয়ীগী অচিন্দগী গঙ্গাগী মগুণ পীংখাবা শ্লোক পুম্নক্কে তাবুনা প্রভুনা মাবু য়াম্না থাগৎলগা হাঙরকই—"পণ্ডিত" নংগা মান্নবা কবি পৃথিবীদা থাইদনেংবমক নাম- অসক্তা লৈদ্রে; অমুক পুনা, কবিগুম্না রাখল ইতোঁ-তোঁদনা শ্লোক অমুক য়াম্না শেম্নহনা হায়দবোরকপা। অদুগী শক্তি অসি কনানমু ওম্রোই। অদৌজেংবমক, নংনা শেম্নবা (শেম্নিবা) শ্লোক পুম্নক অসি তাব থিবিন্না থম্না লৈখরে অমহুং কবিগী গুণ লৈখরে,

তবে দিগ্বিজয়ী ব্যাখ্যাব শ্লোক পুছিল।
শত শ্লোকের এক শ্লোক প্রভু ত পঢ়িল॥ ৩৮

অর্থ :—

দিগ্বিজয়ীনা ব্যাখ্যা তৌনবা শ্লোক হংলে।
শ্লোক চামগী মনুংদা প্রভুনা অমা থীরক্লে॥ ৩৮

তথাহি দিগ্বিজয়ী বাক্যম—
মহত্ত্বং গঙ্গায়া সততমিদমাভাতি নিতরাং,
যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তি সুভগা।
দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরর্চ্চ্যচরণা,
ভবাণীভর্ত্তুর্যাশিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা॥ ৩

গৌর কৃপা-টীকা

পূন্নমক্ক অসিগী মনুংগী মা-মচং খণ্ডবা ওইগী শক্তিন্দু কনা অমতনা খণ্ডবা ওন্নরোই হাইর্না মীংঙি, নংগী শ্লোক ময়াম অসিগী অর্থদি নং নতোমদদা নীংথিনা খণ্ডগনি অদুগা স্বয়ং সরস্বতীগা খণ্ডগনি ' ঐখোঙ্গীদি মাহুগী অর্থ কবি অমতা খণ্ডজবা লৈখিদরে। নংনা চানবিহুনা নংনা থীখ্রিবা ( হাঙখ্রিবা ) শ্লোক পূন্নমকুগী মনুংদগী শ্লোক অমতগী অর্থ নহাক্না তৌরকউ, মাহু তারগা মুংঙাইজগে।"

শ্লোক। ৩। অন্বয়। গঙ্গায়াঃ ( গঙ্গাগী ) ইদং ( অসি ) মহত্ত্বং ( মগুণ ) সততং ( ইতত্তনা মতম লৈবা থিবিক্লা ) নিতরা' ( অবেপ্পা ওইনা ) আভাতি ( ঙান্দুনা লৈ ), যৎ ( মরম অদুনা ) এষা ( গঙ্গা অসি ) শ্রীবিষ্ণোঃ ( শ্রীবিষ্ণুগী ) চরণকমলোৎপত্তি সুভগা ( চরণ কমলদগী থোরকই হাঙদুনা থোইদোক্লা ঙাইবক ফবীনি ), দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিবা ( অনিশুবী লক্ষ্মীগী মতৌগুয়া ) সুরনরৈঃ ( লাই-মীনচিংবনা ) অর্চ্চ্যচরণা ( চরণ পূজা তৌবা ), যা চ ( অমসুং মানা ) ভবাণীর্ভর্ত্তুঃ ( ভবাণীগী মপুরোইবা মহাদেব ) শিরসি ( মকোক্তা ) বিভবতি ( ঙাল্লী ) [ অতঃ ] ( মরম অদুন ) [ যা ] ( মহাক্না ) অদ্ভুদগুণা ( অঙকপা গুণ লৈ )।

অনুবাদ। শ্রীবিষ্ণুগী চরণ থম্বালদগী থোরকই হাঙদুনা মহাক থোইদোক্লা ( মাঙা-) লাইবককবীনি, লাই-মী-নচিংবনা অনিশুবী লক্ষ্মীগী চরণগী মতৌগুয়া মহাকী চরণদু

এই শ্লোকের অর্থ কর-প্রভু যদি বৈল।
বিস্মিত হৈয়া দিগ্বিজয়ী প্রভুরে পুছিল॥ ৩৯
ঝঞ্ঝাবাত প্রায় আমি শোক পঢ়িল।
তার মধ্যে শ্লোক তুমি কৈছে কণ্ঠে কৈল ? ॥ ৪০

অর্থ :—

প্রভুনা শ্লোক অসিগী তৌ অর্থ হাঈরবদা।
ঙকহনা দিগ্বিজয়ীনা হংঙি প্রভুদা॥ ৩৯
নোংথাং কুমগুম্না থুনা শ্লোক থীববু ঐনা।
মাহুদগী করম্না চীন্দা পুহৌবা নংনা॥ ৪০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পূজা তৌই, অমসুং মহাত্মা ভবানীগী মপুরোইবগী (মহাদেবগী) মকোক্তা ডান্দুনা লৈ হাঈহনা অঙকপগুণ লৈ, অহুম ওইবা গঙ্গাগী মগুণ অসি অতৎপা লৈতনা অবেপ্পা ওইনা ডান্দুনা লৈ। ৩।

শ্রীবিষ্ণুগী চরণ অসিনচিংবা—শ্রীবিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী পোকই হাঈহনা লাইবক কবীনি। শ্রীবিষ্ণুগী মখোং থম্বান্দগী গঙ্গা পোকই হাঈবসি শাস্ত্রদা কাওববনি। গঙ্গাদি মহোল অহমমকপু লানবীহৈবিনি অমসুং লক্ষ্মীগী মতৌগুম্না লাই অমসুং মীশিংনা পূজা তৌই, মহুং মহাদেবনসু গঙ্গাবু মকোক্তা পুই—লাইবক ফবা পুম্নমক অসিনা মবম ওইহনা শ্রীবিষ্ণুগী চরণগী পোক্লিবনি। লাই (ব্রহ্মানচিংবা) অমসুং মী পুম্নমক্না লক্ষ্মী দেবীগী চরণ-পূজা তৌবগুম্না গঙ্গা দেবীগী চরণসু পূজা তৌ। অর্চ্চাচরণা—মহাক্কী চরণবু পূজা তৌবা। ভবানীভর্ত্তুঃ—ভবানীগী (পার্ব্বতীগী) ভর্ত্তাঃ (মপুরোইবা); শিবগী। দিগ্বিজয়ীগী মচিন্না শেমহনা পুং অমগী মনুংদা শ্লোক চামা থীদোকই, মথক্কী শ্লোক অসি মরাম অদুগী মনুংদা অমনি।

৩৯-৪০। প্রভুনা "মহত্বং গঙ্গায়াঃ" শ্লোক উচ্চারণ তৌরগা হাঈরকই-" দিগ্বিজয়ী কৃপা তৌবিহনা নংগী শ্লোক অসিগী অর্থ তৌ।" দিগ্বিজয়ীনা তাবদা ঙকথরহনা হাঈরকই—"নোংথাংগুবা থুনা ঐনা শ্লোক থীববু নংনা মতৌ করম্না চীন্দা পুহৌবা ?" নোংথাংগুম্বা-নোং হুন্শিং অকনবগুম্না। য়াম্না থুনা।

প্রভু কহে দেববরে তুমি কবি
ঐছে দেবের বরে কেহো হয় শ্রুতিধর ॥ ৪১
শ্লোক ব্যাখ্যা কৈল বিপ্র পাইয়া সন্তোষ।
প্রভু কহে কহ শ্লোকের কিবা গুণ-দোষ ॥ ৪২

অর্থ :—

প্রভুনা হাঙ্গৈ নংনা কবিগী কৃপা ফংবদৌনা।
তাবদা কাঙ্গৈ লাইগী বোরদগী কনাগুম্বনা।। ৪১

ব্রহ্মাণনা মুংঙাইদুনা শ্লোকী ব্যাখ্যা তৌরে।
প্রভুনা শ্লোকী করি দোষ-গুণ লৈবা হাঙ্গৈযু হাঙ্গৈরে।। ৪২

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৪১। কবিগুম্বা রা অমা হেক তাবগা কাবা চীন্দা পুবা অদুবু তাবদা কাবা (শ্রুতিধর) কৌই। প্রভুনা হাঙ্গৈ "পণ্ডিত নংনা সরস্বতীগী কৃপাদগী (বোরদগী) শ্লোক নোংখাংগুম্না থীদুনা অফাওবা কবি ওইবগুম্না লাইগী বোবদগী কনাগুম্বনা হেক তারগা কাবা যাওই; মরম অদুনা নংনা নোংথাংগুম্না থুনা শোক থীবনমু ঐনা হেক তাবগা কারিবনি।"

৪২। ব্রাহ্মণ— দিগবিজয়ী পণ্ডিত। প্রভুগী রা তাবদা পেল্লদুনা দিগবিজয়ীনা শ্লোক ব্যাখ্যা তৌরক্লে; তারগা প্রভুনা হাঙ্গৈরকই-"ব্যাখ্যা তাবদা মুংঙাইরে, হৌজিক শোকী করি দোষগুণ লৈবা হাঙ্গৈরো।"

গুণ-"রসত্তোৎকর্ষকঃ কশ্চিদ্ধর্ম্মোহসাধারণো গুণঃ। শৌর্য্যাদিরাত্মন ইবা বর্ণ্যস্তস্যাঃ কা মতাঃ।। পাজল, থৌনানা আত্মাগী চাওখৎনবগী মশক ওইবগুম্না রসকী চাওখৎনবগী মশক ওইবা করিগুম্ব। অথয়বা ধর্ম্মবু গুণ কৌই। (অফবা বৌই)।

দোষ—অদবা অয়াকপা রাহৈ অসি রসকী মরমদা মাঙননবা ওই হাঙ্গৈদুনা অয়াকপা (অদীবা) রাহৈবু রসকী মরমদা দোষ (ফত্তবা, অকাঙ্গৈবা) কৌই।

বিপ্র কহে শ্লোকে নাহি দোষের আভাস।
উপমালঙ্কার গুণ কিছু অনুপ্রাস ॥ ৪৩
প্রভু কহেন কহি যদি না করহ রোষ।
কহ তোমার এই শ্লোকে কিবা আছে দোষ? ॥ ৪৪

অর্থ :—

ব্রাহ্মণনা হাঈ দোষকী মখি লৈতে শ্লোক অসিদা।
কজবা গুণ লৈ হজিনবগা চাংদম্নবগদা ॥ ৪৩
শাওবিগদ্রু হাঈনীংঙি য়া থন্না হাঈ প্রভুনা।
শ্লোক অসিদা করি দোষ লৈবগে হাঈয়ু নংনা ॥ ৪৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৪৩। চাংদম্নবা—কজবা মাইথোং উরগা চুন্নাওই, মরম অসিনা হন্নাওবগী মরমদা মাইথোংগা থা-গা ধর্ম মান্নে। মরম অচুনা মাইথোংগা থাগা চাংদম্নহনা মাইথোং-থা হাঈনৈ। মকম অসিদা থানা উপমোননি,—মাইথোংনা উপমেয়নি। অলঙ্কার-লৈতেং। হকচাংদা লৈতেং-খিবিক হাপচিন্নগা কজবা হেনবা অচুগুম্বা চাংদম্নবসু কাব্যগী কজবা মস ফেন্নী হাঈহনা চাংদম্নবু লৈতেং কৌই।

উপমালঙ্কার—চাংদম্নবগী মশক ওইবা লৈতেং। হজিনবা- ক কায়নচিংবা ময়েক পূন্নমক্কী মহুংদা কন্নিওবা ময়েক অমা হজিন-হজিন শিজিন্নবা অহুবু হজিনবা (অনুপ্রাস) কৌই। মাহৃদি. ললিত-লবঙ্গ লতাপরিশীলন মলয় সমীরে, মাহি পরেং অসিদা 'ল'-ময়েক অসি হন্না-হন্না শিজিন্নরে, মাহুদা 'ল'গী হজিনবা ওইরে। হজিনবা অসিসু লৈতেং মখল অমনি।

প্রভুগী য়া তা'গা দিগ্বিজয়ীনা হাঈরকই—"ঐগী শ্লোক্তা কন্নিওম্বা দোষ অমত লৈতে-দা'বকী মখি ফাওবা তাদে; অহোইনহুম চাংদম্নবগী লৈতেংগা হজিনবগী লৈতেংগা য়াওরি।
৪৪—৪৬। দিগ্বিজয়ীগী য়া তারগা প্রভুনা হাঈরকই —"নংনা শাওরোইদবা লৈরবদি ঐ য়া অমতা হাঈনীংঙি। নংগী শ্লোক্তা কন্নি কন্নি গুণ লৈবা, কন্নি কন্নি দোষ লৈবা য়াহ্ হাঈবু। দাইগী বোয়না নংনা য়ান্না পুনা লোংথাং কুমওম্বা শ্লোক ময়াম অমা

প্রতিভার কাব্য তোমার দেবতা সন্তোষে।
ভাল মতে বিচারিলে জানি গুণ দোষে॥ ৪৫
তাতে ভাল করি শ্লোক করহ বিচার।
কবি কহে যে কহিল সেই বেদ সার॥ ৪৬
ব্যাকরণীয়া তুমি নাহি পড় অলঙ্কার।
তুমি কি জানিবে এই কবিত্বের সার?॥ ৪৭
প্রভু কহেন অতএব পুছিয়ে তোমারে।
বিচারিয়া গুণ দোষ বুঝাহ আমারে॥ ৪৮

অর্থ :—

য়াহে ফজবগী গুণ লৈহল্লী নংগী লাইনা।
দোষ গুণ লৈবা খঙিঙ বিচার তৌরগা নীংথিনা॥ ৪৫
মাসিদা শ্লোকসিবু বিচার তৌরিত্রা কৈ হায়না।
হায়রিবহু বেদগী মচিনি হায় কবিনা॥ ৪৬
ব্যাকরণ তম্লগা অলঙ্কারদি তমদ্রে নংনা।
কবিগী গুণ কয়মবু খঙগদগে নংনা॥ ৪৭
প্রভুনা হায় অহুনা হংলিবনি নঙোন্দা।
বিচার তৌরগা গুণ দোষ খঙহনবিয়ু ঐঙোন্দা। ৪৮

গৌর-কৃপা-টীকা

হায়দোকখ্রে: পুন্নমক অসি থাগৎপা য়াবনি, তৌইগুস্সুং নীংথিনা শ্লোকশিং অসি বিচার তৌরবদি দোষ-গুণ লৈ হায়বা খঙবা ঙমগনি; নত্রবদি দোষ-গুণ লৈ-লৈতে হায়বা কয়মা খঙগনি? মরম অহুনা শ্লোকশিং অসি বিচার তৌরগা খঙহনবিয়ু।" প্রভুগী বা তাবদা দিগ্বিজয়ীনা থৌশাদনা হায়রকই, "ঐনা হায়বা মথৈ বেদগী মচি ওাক্রনি—মাহুদা কয়িগুম্বা দোষ অমতা লৈরোই।"

৪৭। অলঙ্কার—অলঙ্কার শাস্ত্র (লৈতেং লাইরিক)। দিগ্বিজয়ীনা অমুকহু হায়রকই—"নংদি ব্যাকরণদা মতহনি, অতৈ শাস্ত্রদি তমদে, অলঙ্কার-লৈতেংগী শাস্ত্রসু তমদে; ঐগী শ্লোকা কবিগী গুণ মচি ওইবা ফুমহুনা লৈরিবসিদি নংনা কয়মা খঙগনি? অলঙ্কার-শাস্ত্র খঙদ্রবদি কাব্যগী দোষ-গুণ কয়মা খঙগনি?

৪৮—৪৯। প্রভুনা হায়রকই—"অলঙ্কার (লৈতেং) শাস্ত্র তমদে হায়হুনা কবিগী গুণগী মরমদা কবিনহু খঙবা ঙমদে, অহুনা নঙোন্দা হায়জরি—নংনা নংগী শ্লোকী বিচারদা

পাঁজি পড়ি অলঙ্কার করিয়াছি শ্রবণ।
তাতে এই শ্লোকে দেখি বহু দোষ গুণ॥ ৪৯
কবি কহে কহ দেখি কোন গুণ-দোষ।
প্রভু কহেন কহি শুন, না করিহ রোষ॥ ৫০
পঞ্চ দোষ এই শ্লোকে, পঞ্চ অলঙ্কার।
ক্রমে আমি কহি শুন, করহ বিচার॥ ৫১
অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ দুই ঠাঁই চিহ্ন।
বিরুদ্ধমতি ভগ্নক্রম পুনরাত্ত দোষ তিন॥ ৫২

অর্থ :—

অলঙ্কার তমজত্রিবনি ঐদি তাবদনি।
অদুবু শ্লোক্তিনা দোষ-গুণ য়াম্না লৈরবনি॥ ৪৯
কবিনা হাঙ্গি, হাঙ্গিয়ু কয়ম্বা দোষ-গুণ লৈরবগে?।
প্রভুনা হাঙ্গি তাবিয়ু শাউবিগনু হাঙ্গজগে॥ ৫০
অলঙ্কার মঙা দোষ মঙা লৈরে শ্লোক অসিদা।
মথংশিংনা ঐ হাঙ্গজগে তাবিয়ু বিচারদা॥ ৫১
অকোন-অহান খণ্ডদবা দোষ মফম অনি লৈরে।
তাহৈদবা লোইদবা-ক্রম কাঙ্গবা দোষ অহুম লৈবে॥ ৫২

গৌর-কৃপা-টীকা

লোঙ্গনবা ব্যাখ্যা ঐঙোন্দা পূম্নমক খঙহনবিয়ু। ঐদি অলঙ্কার শাস্ত্র তমদে হায়বদু অচুম্বনি; হৌইগুম্বসুং অলঙ্কারগী মবমদা তাখিবা অহুদি খঙবা ঙম্মী, মরম অদুনা হায়রিবনি, শ্লোক অসিদা দোষ-গুণ য়াম্না লৈরে।"

৫২। পয়ার অসিদা দোষ মঙা লৈরে, অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ (অকোন-অহান খঙদবা দোষ—থক্-থা খঙদবা) দোষ অনিনি; বিরুদ্ধমতি (তাহৈদবা) দোষ অমগা; ভগ্নক্রম (লীচিংথাম্নদবা অতেক-অকাই য়াঙবা) দোষ অমা অমসুং পুনরাত্ত দোষ (লোইশিনবা নাইদবা দোষ) অমা ওয়মক্কা দোষ মঙা অসি লৈরে। শ্লোকী মমদা থরবদা মথাগী

'গঙ্গার মহত্ত্ব শ্লোকে মূল বিধেয়।
'ইদং' শব্দে অনুবাদ পাছে অবিধেয়॥ ৫৩
বিধেয় আগে কহি, পাছে কহিলে অনুবাদ।
এই লাগি শ্লোকের অর্থ করিয়াছে বাধ॥ ৫৪

অর্থ :—

গঙ্গাগী মহত্ত্ব খণ্ডবনা মক্ষ ওইররে।
খণ্ডত্রিবগী তুংদা অখণ্ডবা পোৎনা হাঙ্গৈররে॥ ৫৩
খণ্ডত্রিবনা হান্নগা অখণ্ডবনা কোন্নরে।
মরম অসিবগী শ্লোকী অর্থ অছু শোঙ্গরে॥ ৫৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

পয়ার পূম্নমক্তা দোষ মঙা উহল্লরি। শ্লোকী 'মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ ইদং' মফম অসিদা অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ দোষ (থক-খা খণ্ডবা দোষ) অমগা, "দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীঃ" মফম অসিদা অমুক থক-খা খণ্ডবা দোষ অমগা পূম্না দোষ মমিং মায়বা অনিনি।

"ভবানীভর্তুঃ" মফম অসিদা বিরুদ্ধমতি দোষ (তাহৈদবা রাগী দোষ) অমা, 'যদেষা' রাহৈ অসিদা ভগ্নক্রম (লৌচিংমান্নদবা দোষ) দোষ অমসুং "অদ্ভুতগুণা" অসিনচিংবদা পুনরাত্ত (লোইশিনবা হৈত্তবা) দোষ লৈরে।

অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশা (থক্ খা খণ্ডবা) নচিংবগী লক্ষণ মতুংগী পয়ার পূম্নমক্কী ব্যাখ্যাদা উচ্চরি। [অবিমৃষ্ট বিধেয়াংশ-নচিংবা রাহৈশিং অসি অলঙ্কার শাস্ত্রগী রাহৈনি (শব্দনি)। অলঙ্কার শাস্ত্র খণ্ডত্রিনশিংগী মফমদদি ভগেৎ-ভগেৎনা খণ্ডদা খুদোংচাবা ফংলোই। তৌইগুম্বসুং শেংনা খণ্ডবসু অকাঙ্গবদি লৈরোই। মহাপ্রভুনা দোষ মঙা প্রমাণ উৎলিবা অসি খণ্ডলগা লোইরে]।

৫৩—৫৪। "মহত্ত্বং গঙ্গায়া ইদং" রাহৈ অসিগী অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ দোষ উচ্চরি। অখণ্ডবা পোৎপু (জ্ঞাত বস্তুকে) অনুবাদ কৌই, খণ্ডবা পোৎপু (অজ্ঞাত বস্তুকে) বিধেয় কৌই। ১। ২। ৬২-৬৪ য়েংবিয়ু।

## গৌর-কৃপা-টীকা

রাহৈপরেং শেম্বা মতমদা অলঙ্কার শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না অহানবদা অনুবাদ—অখণ্ডবা পোৎপু শব্দোক্লা তাক্পা (জ্ঞাত বস্তু জ্ঞাপক) ইগনি, অদুগী তুংদা খণ্ডরিবা পোৎ বিধেয় (তৎসম্বন্ধীয় অজ্ঞাত-বস্তু—জ্ঞাপক শব্দটা) ইগনি; নিয়ম অসিগী মতুংইন্না চৎঅবদি (হায়বদি অহানবদা বিধেয়, মাগী মতুংদা অনুবাদ ইরুরবদি) অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ (থক-থা ওন্নবা) দোষ ওই। ১। ২। ৭৩ য়েংবিয়ু। "মহত্বং গঙ্গায়াঃ" অসিনাচিংবা শ্লোক্তা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা গঙ্গাগী মাহাত্ম্য মওং শীংথাব্রি; শ্লোক পুম্নমক্কী রামচং (মর্ম) খণ্ডহন্নবদি শীংথাব্রিবা মাহাত্ম্য মওং অদু করিনো হায়বা খণ্ডবা তমদে; মরম অসিনা অহানবদা অহৌবমক্কনা গঙ্গাগী মাহাত্ম্য মওং খণ্ডহন্দ্রে; মরম অদুনা শ্লোকী অহানবদা মহত্ব—শব্দ লৈরিবা অদু বিধেয়নি—(অজ্ঞাত-বস্তু-জ্ঞাপক শব্দনি) খণ্ডরিবা পোৎনি। গঙ্গাগী মহত্ব শ্লোক্তা বিধেয়না মরু ওইরে হায়বদি "মহত্বং গঙ্গায়াঃ—গঙ্গাগী মহত্ব" পদ অসিদা বিধেয়না মরু ওইরে হায়বদি খণ্ডরিবা পোৎনা মরু ওইনা উৎলরে।

ইদং—শ্লোক্তা য়াওরিবা ইদং শব্দ অসিগী অর্থদি 'মাসি' হায়বনি। ইদং শব্দনা অনুবাদনি—অখণ্ডবা পোৎনি; মরম অসিনা রাহৈপরেং শেম্বা মতমদা নিয়মগী মতুংইন্না 'ইদং' শব্দ অসি হান্না ইগনি।

অবিধেয়—হৌনদবা, নিয়ম নত্তবা। অনুবাদ ইদং-শব্দনা বিধেয় মহত্ব-শব্দগী মমাংদা ইরমগদবনি; তৌইগুম্নমুং দিগবিজয়ীনা মাগী শ্লোক্তা অহানবদা "মহত্বং" মতুংদা "ইদং" হায়রে-মাসি হৌনদবনি।

পয়ার ৫৩ গী অন্বয়ঃ—"গঙ্গাগী মহত্ব" মা মক ওইবা বিধেয়নি; "ইদং" শব্দনা অনুবাদ খণ্ডনৈ; অনুবাদনা বিধেয়গী তুংদা লৈহনবা হৌনদে, নিয়ম নত্তবনি।

মহাপ্রভুনা দিগবিজয়ীদা হায়রম্বা—"রাহৈপরেং শেম্বা মতমদা অহানবদা অনুবাদ (অখণ্ডবা) হায়গনি, বিধেয় (খণ্ডরিব) পোৎনা তুংদা হায়গনি-মাসিনা অচুম্বা নিয়মনি। তৌইগুম্নমুং "মহত্বং গঙ্গায়াঃ ইদং" রাহৈদা নংনা বিধেয়বু (মহত্ব-শব্দবু) মমাংদা হায়রে অমসুং অনুবাদনা অখণ্ডবনা (ইদং-শব্দনা) তোম্না হায়রে। (মরম অসিনা মকম অসিদা নংনা অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ-দোষ কংলে)।"

তথাহি একাদশীতত্ত্বে ধৃতো ন্যায়ঃ—
অনুবাদমনুক্ত্বা তু ন বিধেয়মুদীরয়েৎ ।
নহ্যলব্ধাস্পদং কিঞ্চিৎ কুত্রচিৎ প্রতিতিষ্ঠতি ॥ ৪

'দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মী' ইহঁা দ্বিতীয় বিধেয় ।
সমাসে গৌণ হইল, শব্দার্থ গেল ক্ষয় ॥ ৫৫
'দ্বিতীয়' শব্দ বিধেয়, তাহা পড়িল সমাসে ।
'লক্ষ্মীর সমতা' অর্থ করিল বিনাশে ॥ ৫৬

অর্থ :—

'অনিশুবী লক্ষ্মী' অনিশুবীসি বিধেয়নি ।
সমাস গৌণ ওইরে শব্দ অর্থ মাঙলগনি ॥ ৫৫
'দ্বিতীয়' শব্দ বিধেয়গা সমাস তৌশিল্লে ।
লক্ষ্মীগা মান্ননা অর্থ তৌদবনা লাল্লে ॥ ৫৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহানবদা বিধেয় অমত্তুং অকোনবদা অনুবাদ হাঙ্গরে ; অদুনা শ্লোক অসিগী অর্থ তাব তাদরে, চিংনবা পোক্লে । অথঙবা পোৎতা চংজয়গা মাপী মরমদা থঙত্রিবা মরম অদু কোংদোকদবনি; মরম অদুনা অনুবাদনা হায়। হাঙ্গয়গা বিধেয়না কোন্না হাঙনন্নিবনি । তৌইঙ্গমত্তুং অথঙবা পোং অদুদি উৎলমদনা মাপী মরমদা থঙত্রিবা মরম অদু কোংদোক্লক্লবদি কনাঙবা অমত্তনা কন্নিঙবা অমতা থঙলয়োই; মরম অদুনা মাহে পরেংগী অর্থ লৌবদা অপনবা চিংনবা পোক্লে ।

থিবিজয়ীনা "মহত্বং গঙ্গায়াঃ ইদং" হাঙ্গয়মদত্তুনা "ইদং গঙ্গায়াঃ মহত্বং" হাঙ্গয়্নবদি চুম্নমগদবনি, শাস্ত্রগা চুনমগদবনি ।

শ্লোক । ৪ । তথয়নচিংবা ১ । ২ । ১৪ শ্লোক্তা য়ে বিযু ।

৫৫—৫৬ । "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব" মাহে অসি অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ দোষ লৈবা মাহে অমমি । দোষ মখিং মান্নবা মাহে অসিগা থাম্নবা অমি তরে । অনিশুবা উদাহরণ উচ্চবি ।

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীলক্ষ্মী দেবী অসি শ্রীনারায়ণগী ইবেম্মনি, মাবু লাই অমম্বুং মীনা পূজা তৌই হাঙবসি খ্বাইনা খঙনৈ, মরম অদুনা শ্রীলক্ষ্মী শব্দ অসি অনুবাদনি; তৌইগুম্বুং "দ্বিতীয়" অনিশুবী শব্দনা করি খঙনবলো হাঙবদু খঙদ্রে; মরম অদুনা দ্বিতীয়-শব্দ অসি বিধেয়নি মরম অসিনা "শ্রীলক্ষ্মীঃ দ্বিতীয়া ইবা" অদুগা হাঙনরকপি চুম্মগনমনি; মাদু হাঙদদুনা "দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীঃ ইবা" হাঙখিরনা (অনুবাদ হায়া হাঙদদুনা বিধেয়না হায়া হাঙদোকপ্রে)। মাদুদা অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ ওইরে (থক-খা খঙদবা দোষ ওইরে)। দ্বিতীয় বিধেয়-দ্বিতীয়-শব্দ বিধেয় (খঙজিবা পোৎপু বিধেয়নি)।

সমাস তৌবদা দিগ বিজয়ী পণ্ডিতনা "দ্বিতীয়" অমসুং "শ্রীলক্ষ্মী" শব্দ অনি অসিনা "দ্বিতীয়া শ্রীলক্ষ্মীঃ" অদুম হায়না অর্থ তৌবদা "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীঃ" শব্দ ওইরে; মাদুদা "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিবা" পদগী অর্থদি "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীর তুল্য"—অনিশুবী শ্রীলক্ষ্মী ওইনি। সমাস তৌবদা পদগী মরুওইবা অর্থ মাঙখ্রে, লায়ে। অর্থ লানবগী মরম মথাদা ইজরি।

দ্বিতীয়-শব্দ (অনিশুবী শব্দ) অসি বিধেয়নি খঙজিবা অদুনি হাঙদুনা অনুবাদ অখঙবা শ্রীলক্ষ্মী-শব্দগী মতুংদা ইকম (হাঙকম) থোকপনি; তৌইগুম্বুং দ্বিতীয় (অনি শুবী) শব্দগা শ্রীলক্ষ্মী শব্দগা সমাস তৌরদা দ্বিতীয়-শব্দনা মাংদা (অহানবদা) কয়ে। মাদুদা অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ দোষ ওইরে, মরম অসিদগী লক্ষ্মীগা মান্নৈ হাঙবগী অর্থসু মাঙহনখ্রে।

খোঙ্কা লৈরিবা "সুরনরৈরর্চ্চ্য-চরণা" শব্দদগী খঙবা ঙম্মী, শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী মতৌঙজা গঙ্গা দেবীসু "সুরনরৈরর্চ্চ্য-চরণা-দেব-মনুষ্য-বন্দিত-চরণা," হাঙনদি লাই অমসুং মীনা পূজা তৌবগী মরমদা, গঙ্গা দেবীদা তৌবগা শ্রীলক্ষ্মী দেবীদা তৌবগা মান্নৈ হাঙনা দিগ-বিজয়ীনা মপুক্কিংদা নৈংজবমি। মহাক্কা "শ্রীলক্ষ্মীঃ দ্বিতীয়া ইবা" হায়ে অসি হাঙরম্লবদি চুম্মগদবনি —গঙ্গাগা লক্ষ্মীগা মান্নৈ হাঙবসি ফোংদোক্লমগদবনি (অদুম তৌরম্লবদি অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ-দোষসু লৈরমলোইদবনি); তৌইগুম্বুং মাদুদি হাঙজদুনা "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীঃ ইবা" হাঙদোকখিবসিদা লক্ষ্মীগা মান্নৈ হাঙবগী অর্থ ওইশিনবা যাদ্রে, অর্থ মাঙলে—গঙ্গা অসি কনাগুম্বী অনিশুবী লক্ষ্মী কৌবী অমগা মান্নৈ হাঙবা ফোংদোক্লে (উপমালঙ্কার)। অনিশুবী লক্ষ্মী হাঙবা হায়ে অসিনা থাজবদা লক্ষ্মীদকপু খঙনদে, লক্ষ্মীগী গুণ করামরুম দেখী

অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ' এই দোষের নাম।
আর এক দোষ আছে শুন সাবধান ॥ ৫৭
'ভবানীভর্ত্তৃ'-শ দিলে পাইয়া সন্তোষ।
'বিরুদ্ধমাতিকৃৎ' নাম এই মহা দোষ ॥ ৫৮
'ভবানী' শব্দে কহে মহাদেবের গৃহিণী।
'তার ভর্ত্তা' কহিলে-দ্বিতীয় ভর্ত্তা জানি ॥ ৫৯

অর্থ :—

'দোষ'শিগী মমিং কৌই 'থক-খা ওন্নবা' হাঙ্গৈনা।
দোষ অমগা হাঙ্গজগে তাবিয়ু পুক্নিং চংনা ॥ ৫৭
'ভবানী ভর্তু' হাঙ্গৈরগা পেনজরিমানে।
মহাদোষনি চিংনবা 'হাঙ্গৈহৈদবা' রাহৈনে ॥ ৫৮
'ভবানী' হাঙ্গৈবসি মহাদেবগী মুপীনি।
মাগী নীপা হাঙ্গৈরগা অনিশুবা নীপা খঙগনি ॥ ৫৯

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

কনাগুম্বী মশক অমবু খঙনৈ; মরম অদুনা লক্ষ্মীদগী অনিশুবী লক্ষ্মীনা হৈঙ্গে (রাংজি); মরম অসিনা অনিশুবী লক্ষ্মীগা মান্নৈ হাঙ্গৈরবদি লক্ষ্মীমক্তা মান্নবা খঙনদে লক্ষ্মীদগী হৈঙ্গে রাংজি হাঙ্গৈবা খঙনৈ। তাব অসি লৈবদগী দ্বিতীয় শব্দগা সমাস তৌবদা "লক্ষ্মীগা মান্নবগী অর্থ কোংদোক্কে।" লক্ষ্মীগী গুণ কয়ামুক্তি চেনবা কনাগুম্বী অনিশুবী লক্ষ্মীগুম্বা অমগা মান্নৈ হাঙ্গৈনা খঙনবদুনা শব্দগী অর্থ শোঙ্গৈরে।

৫৭। ৫৩—৫৬ পয়ারদা "মহত্ত্বং গঙ্গায়া ইদং" রাহৈদা অমসুং "দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মী রিব" রাহৈদা বিধেয়না মাঙদা হাঙ্গৈরগা অনুবাদনা কোন্না হাঙ্গৈবা মরম্না দোষ লৈরে, দোষ অদুগী মমিংদি অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ দোষ (থক-খা ওন্নবা দোষ) কৌই। মানি নত্তবা দোষ অতৈভু হাঙ্গজরি।

৫৮। ভবাণী ভর্ত্তৃঃ—শব্দসি বিরুদ্ধমতিকৃৎ-দোষ (তাহৈদবা রা) ওইরে, শব্দ অমুনা অতোপ্পা শব্দ অমগা তিন্নবদা থাজেশেংবা অর্থগী য়েক্কবা ওইরবদি মাদুবু বিরুদ্ধমতিকৃৎ দোষ (তাহৈদবা রা) কৌই।

শিব পত্নীর ভর্ত্তা-ইহা শুনিতে বিরুদ্ধ।
'বিরুদ্ধ মতিকৃৎ' শব্দ শাস্ত্রে নহে শুদ্ধ। ৬০

অর্থ :—

শিবগী মুপীগী ভর্তা হাইবদা তাইহেনরে।
'তাইহেনবা' মা শাস্ত্রদা অচুবা ওইদ্রে।। ৬০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৫৯—৬০। ভবানী—'ভব' শব্দদা মহাদেববু খণ্ডনৈ; 'ভব'গী (মহাদেবগী) মুপীবু ভবানী কৌই। অচুনা "ভবানী-শব্দনা মহাদেবগী মুপীবু" খণ্ডনৈ।

গৃহিণী—মুপী, মচু। মাগী ভর্ত্তা—মহাকী (ভবানীগী) ভর্ত্তা (নত্রগা স্বামী, মৌরা মপুরোইবা)। "ভবানী ভর্ত্তৃ" শব্দগী ষষ্ঠি বিভক্তিদা শ্লোকতা য়াওরিবা ভবানী ভর্ত্তুঃ—পদ থোকই; অর্থ—ভবানীগী ভর্ত্তাগী। "ভবানী ভর্ত্তৃ" শব্দনা প্রথমা বিভক্তিদা "ভবানী ভর্তাগী ওই।

দ্বিতীয় ভর্ত্তা—অনিশুবা নীপা লৈমান্নে নীংবা ভবানী-শব্দ অসিনা 'ভব'গী নত্রগা 'মহাদেব'গী (শিবগী) মুপীবু খণ্ডনৈ অমসুং ভবানীগী ভর্ত্তা নত্রগা স্বামী (মপুরোইবা)-না ভব নত্রগা মহাদেববুসু খণ্ডনৈ, ফিবম অসিদা ভবানীগী ভর্ত্তা হাইরবদি পুক্নিংদা নীংবা য়াই, ভব অমদি মহাদেব নত্তবা ভবানীগী অতোপ্পা কনাগুম্বা (অনিশুবা) নীপা অমদি মৌরা থমা লৈ। 'শিবগী মুপীগী মপুরোইবা' য়াহৈ অসি তাইহেনবা য়ানি, মা অসি তাবদা শিব নত্তবা শিবগী মুপীগী (ভবানীগী) অতোপ্পা নীপা অমা লৈরবোই নীংঙি; মাসি থাজেশেংবা অর্থগী য়েক্লবনি। শিব (ভব) নত্তবা শিবগী মুপীগী-অতোপ্পা নীপা অম (মরা অমা) লৈতে, শিবনা মাগী থাজেশেংবা অয়েম্বা নীপানি। বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ—বিরুদ্ধমতি য়েক্লবা অর্থ) কারক (পোকহনবা) শব্দ; শব্দ অতুনা অশেংবা অর্থ গ য়েক্লবা অর্থ ওইরবা, অচুগা তাবদসু অশেংবা অর্থগী য়েক্লবা ওইরবদি মাদুবু বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ কৌই; বিরুদ্ধ (য়েক্লবা) মতি (বুদ্ধি) কৃৎ পোকহনবা) শব্দ অসি শাস্ত্রদা শিজিন্নদে অরানবনি। দোষকী মশাক্নি।

ব্রাহ্মণ পত্নীর ভর্ত্তার হস্তে দেহ দান।'
শব্দ শুনিতেই হয় দ্বিতীয়-ভর্ত্তা জ্ঞান॥ ৬১
'বিভবতি' ক্রিয়ায় বাক্যসাঙ্গ, পুন বিশেষণ।
'অদ্ভুতগুণা' এই পুনরাত্ত-দূষণ॥ ৬২
তিন-পাদে অনুপ্রাস দেখি অনুপম।
এক-পাদে নাহি-এই দোষ 'ভগ্নক্রম'॥ ৬৩

অর্থ :—

দান তৌ ব্রাহ্মণ মুপীগী মপুরোইবগী মখুজ্ঞা।
নীপা-অনি গুরবোই নীংঙি তাবদতা॥ ৬১
'বিভবতি'না লোইবগা হন্না বিযেষণ তৌরে।
'অদ্ভুত গুণা' অসি 'লোইশিন্দবগী, দোষ ওইরে॥ ৬২
চরণ অহুমথক ময়েক হজিনবদা ফজরে।
চরণ অমদি লৌচিং মাল্লদবগী দোষ লৈরে॥ ৬৩

---

## গৌর-কৃপ-টীকা

৬১। ব্রাহ্মণগী মুপীগী মপুরোইবা হাঙ্গৈয়গা ব্রাহ্মণ অহুমক নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বা মপুরোইবা অমা লৈরবোই নীংঙি; তৌইগুম্মুং থাঙ্গশংবমক্তি অতোপ্পা মপুরোইব অমা লৈগা নত্তে; অহুগুমহৃনা ভবানীগী মপুরোইবা হাঙ্গৈয়গম্ভ ভব (মহাদেব) নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বা মপুরোইবা অমা দুর্গাগী লৈরবোই নীংঙি; তৌইগুম্মুং থাঙ্গশংবা মক্তি মাহু নত্তে।

৬২। পুনরাত্ত-দোষ (লোইশিন্দবা দোষ) উচ্চরি। দিগবিজয়ীনা শ্লোক থীবদা "বিভবত্যদ্ভুতগুণা" হায়দা লোইশিন্দবা দোষ লৈরে।

ক্রিয়া, কারক, বিশেষণনচিংবা হাপ্পুনা হায়রেপরেং অমা লেপ্পা লোইরগা অমুক হন্না হায়রেপরেং অদুগী মমুংদগী করিগুম্বা শব্দ অমা শিজিন্নরবদি মাহুবু পুনরাত্ত কৌবা দোষ (লোইশিন্দবা দোষ) কৌই। "যা ভবানী ভর্ত্তুঃ শিরসি বিভবতি—মহাত্মা মহাদেবগী

যদ্যপি এই শ্লোকে আছে পঞ্চ অলঙ্কার।
এই পঞ্চ দোষে শ্লোক কৈল ছারখার॥ ৬৪

অর্থ :—

অহুম ওইরগা অলঙ্কার মঙানা লৈতেংলি।
দোষ মঙানা শ্লোক পূম্নমক্পু ছারখার ওইহ্রি॥ ৬৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

মকোক্তা ভান্দুনা লৈ।" মাসিদা শেংনা থঙনরে, "বিভবতি" ক্রিয়া অসিদা য়াহৈ লোইরবনি; অদুবু অমুক ক্রিয়া অসিগী ডুংদা "অদ্ভুতগুণা"—বিশেষণ অসি শিজিন্নরে; মাসি মথক্তা হাঙ্গিন্নবা "যা ভবানীভর্তুঃ শিরসি বিভবতি" য়াহৈ পরেং লোইরবগী মতুংদা বিশেষণ অসি শিজিন্নবা মরম্না পুনরাত্তদোষ (লোইশিন্দবা দোষ) ওইরে।

৬৩। হৌজিক ভগ্নক্রম—দোষ উচ্চরি।
শ্লোক খুদিংমক্তা য়াহৈ শরুক (চরণ) মরি মরি লৈ, "মহত্বং গঙ্গায়াঃ দগী "নিত্যাং" ফাওবা অসি অহানবা চরণ (পরেং) কৌই; "যদেষা" দগী "সুভগা" ফাওবনা অহুমশুবা চরণ (পরেং) কৌই, "দ্বিতীয়" দগী চরণা ফাওবনা অহুমশুবা চরণ কৌই, অমসুং "ভর্তু" "অদ্ভুতগুণা ফাওবনা মরিশুবা চরণ কৌই।

অনুপ্রাস—করিশুবা য়াহৈ পরেং অমদা ময়েক অমনা হন্না হন্না শিজিন্নবা অদুমু অনুপ্রাস অলঙ্কার (হজিনবগী ফজনা) কৌই। মাদুদি :—ললিত লবঙ্গলতাপরিশীলণ মলয়সমীরে, মকম অসিদা 'ল' ময়েক অসি হন্না হন্না মখিরক শিজিন্নবদা ফজবা অমা ওইরে, মাসিদা 'ল'গী অনুপ্রাসনি (হজিনবনি) (ময়েকী পয়ার ৪৩ দসু য়াওখরে)। চরণ অহুমদা হজিনবা মযেক য়াওই, অহানবা চরণা "ত" না হজিনবনি, অহুমশুবা চরণা "র" না হজিনবনি অমসুং মরিশুবা চরণা "ভ" না হজিনবনি,। অপুনম—চাংদমনাংতাই লৈজনা ফজখরে। চরণ অমথক্তি চিংথহৌরে হাঙ্গিবদি শ্লোকী অনিশুবা চরণদি করিশুবা হজিনবা য়াওদ্রে। চরণ মরি লৈবা শ্লোক অমদা চরণ অহুম্না হজিনবা য়াওরগা চরণ অমনা য়াওহন্দবা অসিনা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা চাং মায়দ্রে লৌচিং মায়দ্রে মাসিগুম্বা মওং অসিবু "ভগ্নক্রম দোষ (চাংচং মায়দবা দোষ) কৌই। অনিশুবা চরণসু হজিনবা য়াওরম্লবদি নত্রগা চরণ অমা ফাওবা হজিনবা য়াওরমত্রবনি চাংচং মায়দনা দোষ লৈরম্লোইদবনি।

দশ অলঙ্কারে যদি এক শ্লোক হয় ।
এক দোষে সব অলঙ্কার হয় ক্ষয় ॥ ৬৫
সুন্দর শরীর যৈছে ভূষণে ভূষিত ।
এক শ্বেত কুষ্ঠে যৈছে করয়ে বিগীত ॥ ৬৬

অর্থ :—

শ্লোক অমদা লৈতেংলবসু অলংকার তরানা ।
ফজবা পূম্নমক্তু মাজাঙ্কী দোষ অমনা ॥ ৬৫
ফজবা হকচাংদা লৈতেং খিবিক্লা লৈতেংবা ।
মাবু নিন্দা তৌনৈ পক্লরদি লাইথুং অঙৌবা ॥ ৬৬

তথাহি ভরতমুনি বাক্যম

রসালঙ্কারবৎ কাব্যং দোষযুক চেদ্বিভূষিতম্ ।
স্যাদ্বপুঃ সুন্দরমপি শ্বিত্রেণৈকেন দুর্ভগম্ ॥ ৫

---

## গৌর-কৃপা টীকা

৬৫—৬৬ । ফজরবা হকচাংদা লাইথুং অঙৌবা মচেং অমতং পক্লবদি মাহুদা অলঙ্কার (লৈতেং) খিবিক্লা লৈতেংলবসু হকচাং অহুবু নিন্দা তৌনৈ, অহুগুমহুনা শ্লোক অমগী মহুংদা অলঙ্কার লৈতেং তরানা লৈতেংনবসু দোষ অমতং লৈরবদি দোষ অমতং অহুগীদমক লৈতেংলিবা পূম্নমক অহু মাঙঙি; দোষ অহুনা নমহংখি ।

শ্লো । ৫ । অন্বয় । রসালঙ্কারবৎ (রসকী ফজবনা তিনবা) কাব্যং (কাব্য) চেৎ (যদি) দোষযুক (দোষনা তিনবা) [ভবতি] (ওই) [তদা] (মাহু ওইরবদি), বিভূষিতং (ফজনা লৈতেংবা) সুন্দরং (ফজবা) বপু অপি (হকচাংসু) [যথা] (অহুম্না) একেণ (খজিক্তং) শ্বিত্রেণ (লাইথুং অঙৌবনা) দুর্ভগং (নিন্দা তৌবা) [ভবতি] (ওই), [তথা] (অসুম্না) [ভবতি] (ওই) ।

অনুবাদ । ফজরবা লৈতেং খিবিক্লা লৈতেংলবা হকচাং অহুদা লাইথুং অঙৌবা মচেং অমতং পক্লবদি হকচাং অহুবু নিন্দা তৌনৈ, অহুগুমহুনা রসকী ফজবনা লৈতেংবা কাব্যসু দোষ মচেং অমতং (খজিক্তং) লৈরবদি নিন্দা তৌনৈ । ৫

পঞ্চ অলঙ্কারের এবে শুনহ বিচার ।
দুই শব্দালঙ্কার, তিন অর্থ-অলঙ্কার ॥ ৬৭
শব্দালঙ্কার,-তিন পাদে আছে অনুপ্রাস ।
'শ্রীলক্ষ্মী' -শব্দে 'পুনরুক্তবদাভাস' ॥ ৬৮
প্রথম-চরণ পঞ্চ "ত"-কারের পাঁতি ।
তৃতীয় চরণে হয় পঞ্চ রেফ-স্থিতি ॥ ৬৯
চতুর্থ চরণে চারি "ভ"-কার প্রকাশ ।
অতএব শব্দ-অলঙ্কার 'অনুপ্রাস' । ৭০

অর্থ :—

হৌজিক তাবিয়ু অলঙ্কার মতাগী বিচার ।
শব্দ অলঙ্কার অনি, অহুম অর্থ অলঙ্কার ।। ৬৭
পরেং অহুমদা য়াহৈ হঙ্জিনবগী ফজবা লৈ ।
শ্রীলক্ষ্মী য়াহৈদা হঙ্জিনবগী মমি তাবা লৈ ।। ৬৮
অহানবা পরেংদা "ত" ময়েক মঙাথক য়াওরি ।
অহুমশুবা পরেংদা রেফ-মঙাতনা য়াওরি ।। ৬৯
মরিশুবা পরেংদা "ভ"-কার মরিনা ডায়রি ।
মরমসিনা হঙ্জিনবনা য়াহৈ ফজহল্লি ।। ৭০

## গৌ-কৃপা-টীকা

৬৭ । হৌজিক পয়ার ৬৪ দা হায়খিবা অলঙ্কার (লৈতেং-ফজহনবা) মতাগী বা হায়জরি । শব্দালঙ্কার অনিগা অর্থালঙ্কার অহুমনা পুন্না অলঙ্কার (ফজহনবা) মঙানি । ময়েক হঙ্জিনবা অমসুং য়াহৈ হঙ্জিনবা মানবা অনি অসিনা শব্দালঙ্কারনি অমসুং উপমা (চাংদমবা) বিরোধাভাস (ওন্ন-তৈনবা মানবা) অমসুং অনুমান অহুম অসি অর্থালঙ্কারনি ।

৬৮ । শব্দালঙ্কার অনিগী মনুংদগী অমনা ময়েক হঙ্জিনবনি অমসুং অতোপ্পা অমনা য়াহৈ হঙ্জিনবা মানবনি । শ্লোকী অহানবা, অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা পরেং অহুম অসিদা ময়েক হঙ্জিনবা য়াওবনা ফজহল্লী অমসুং "শ্রীলক্ষ্মী" শব্দমা য়াহৈ হঙ্জিনবা মানবা অলঙ্কার অমনি । য়াহৈ হঙ্জিনবা মানবগী খুদমদি পয়ার ৭১-৭২ দা য়েংবিয়ু ।

৬৯-৭০ । শ্লোকী ১ বা, ৩শুবা, ৪শুবা পরেংগী ময়েক হনজিনবগী বা শব্দোক্তা ইজরি । শ্লোকী পরেং ১ বদা "ত" কার মঙা য়াওরি; মহত্ত্বং-শব্দদা অমা, সতত্বং শব্দদা অনি আতাতি-শব্দদা অমা অমসুং নিত্যতাং-শব্দদা অমা-পুম্মক্কা 'ত' কার মঙানি ।

'শ্রী-শব্দে 'লক্ষ্মী'-শব্দে এক বস্তু উক্ত।
পুনরুক্তপ্রায় ভাসে, নহে পুনরুক্ত ॥ ৭১
'শ্রীযুক্ত লক্ষ্মী' অর্থে-অর্থের বিভেদ।
'পুনরুক্তবদাভাস' শব্দালঙ্কার ভেদ ॥ ৭২

অর্থ :—

'শ্রী'-শব্দগা 'লক্ষ্মী' শব্দগা পোৎশক অমত্তনি।
হন্জিনবা নত্তে হন্জিনবগী মখি ভাবনি ॥ ৭১
'শ্রীনত্তিনবা লক্ষ্মী' হায়বদা অর্থ তোংত্তানবনি।
হন্জিনবগী মখিদি শব্দালঙ্কার জাং অমনি ॥ ৭২

গৌর-কৃপা-টীকা

রেফ-র—কার। অহুমশুবা পরেংদা "র"-কার মশু য়াওরি; মাহুদি—লক্ষ্মীরিব শব্দদা 'র' অমথক, স্থুর—শব্দদা "র" অমা মরৈমর্চ্চ্য শব্দদা 'র' অনি অমস্তুং চরণা—শব্দদা 'র' অমা পূম্না 'র' কার মশানি। মরিশুবা পরেংদা "ভ"-কার মখি য়াওবনা ফজহল্লী; ভবানী শব্দদা 'ভ' অমা, ভর্গঃ—শব্দদা 'ভ' অমা, বিভবতি—শব্দদা 'ভ' অমা অমস্তুং অদ্ভুত-শব্দদা-'ভ' অমা পূম্না 'ভ' মখি য়াওবনা মরেক ফজবা ওই। মরম অসিনা ভ, র, ভ না হন্না হন্না শিজিন্নবদা অনুপ্রাস (মরেক হন্জিনবগী ফজবা) কৌবা শব্দালঙ্কার ওইরে।

৭১—৭২। শ্রীলক্ষ্মী শব্দদা য়াহৈ হন্জিনবা মানবগী মখি ভাবগী অলঙ্কার ওইরে, হৌজিক মাহু উচ্চরি।

করি করিশুবা য়াহৈদা শব্দ অনিনা পুনশিন্নগা লেপ্পা য়াওই, মখোইশিং অহু অর্থ অমত্তা ওইরবোই নীংঙি, তৌইশুম্মুং মখোই অহু অর্থ অমতা ওইবদি নত্তে—তোংত্তান-তোংত্তানবা অর্থদা শিজিরৈ; অহু ওইরবদি শব্দশিং অহু শিজিন্নবদা য়াহৈ হন্জিনবগী মখি ভাবা অলঙ্কার ওইরে। পুনরুক্তবদাভাসঃ পুনরুক্তবদেব যঃ। অলঙ্কার কৌস্তুভ। ৭। ১৯।

শ্রী—শব্দগী অর্থ অমদি লক্ষ্মী হায়বদি। মমম অসিনা শ্রীলক্ষ্মী হায়রবনি লক্ষ্মী শব্দ অমতনা অনিমক হন্না হায়বা (শ্রী—শব্দদা অমুক, লক্ষ্মী শব্দদা অমুক পুন্নগা অনিবক হায়বা) (পুনরুক্ত) } হন্জিনবা ওইরবোই নীংঙি।

শ্রী—শব্দনা লক্ষ্মীগী অর্থ লোয়গা "শ্রীলক্ষ্মী" শব্দনা অমত্তং থত্তনবা অর্থনা য়াহৈ অমিশুবা ভান্দি মাসিদা পোৎ অমতনা অনিমক হন্জিল্লে হায়না পুন্সিনা নীংঙি।

লক্ষ্মীরিব অর্থালঙ্কার, 'উপমা' প্রকাশ।
আর অর্থালঙ্কার আছে, নাম 'বিরোধাভাস'॥ ৭৩

অর্থ :—

লক্ষ্মীগুম্বীগী অর্থনা চাংদমনা ওইখ্রে।
অরা-তৈনবা খানবা অলঙ্কার ওইখ্রে॥ ৭৩

---

গৌর-কৃপা-টীকা

খাঙেংলোংবা হঙ্জিনবদি নত্তে; মমমদি "শ্রীলক্ষ্মী" হায়বা শব্দ অসিদা লক্ষ্মীগী অর্থ অসি শ্রী-না মহুং শিন্দুনা শিজিন্নদে।

মকম অসিদা শ্রীশব্দগী অর্থদি শিংখিজবা, মক্তবা থঙনে। শ্রীলক্ষ্মীগী অর্থদি-শ্রী-নক্তিনবা হায়বদি শিংখিজবদা ত্তিনবা লক্ষ্মী হায়বনি। মমম অচুনা শ্রীযুক্ত লক্ষ্মীগী অর্থদি শিংখিজবা, মক্তবনা ত্তিনবা লক্ষ্মী দেবী হায়বনি। শ্রী অমত্তুং লক্ষ্মী মাহৈ অনি অসিগী অর্থ খেন্নে মামনে; অর্থ তিন্নদবনা হঙ্জিনবা কোদে। শ্রীলক্ষ্মী শব্দ অসিদা কম্নিগুম্বা হঙ্জিনবা লৈত্তে; হঙ্জিন্নে হায়না পুক্নিংনা খীংজবত্তনি, মমম অসিনা মকম অসিদা হঙ্জিনবগী মমি ভাবগী লৈত্তেং অলঙ্কার মক্তহনবা হায়বা অমু ওইয়ে। [পুনরুক্তবদাভাস অসি শব্দালঙ্কারগী মখল অমনি।

৭৩। শব্দালঙ্কার অনিগী মা হায়বা লোইশ্রবা মতুং অসিদা অর্থালঙ্কারঅহুমগী মা ইজম্নি। অর্থালঙ্কার অহুম অহুদি :—(১) উপমা (চাংদমবা) (২) বিরোধাভাস (অরা-তৈনবা খানবা) (৩) অনুমান উপমা (চাংদমবগী)-গী খুদমদি মথংগী পয়ার ৪৩ মা য়েংখিনু।

শ্লোকতা য়াওরিবা "লক্ষ্মীরিব-পদনা উপমালঙ্কার য়াওরে। ধর্ম মাম্নবা মকমদা চাংদম্নে। "লক্ষ্মীরিব দুর্গনৈরর্চ্যচরণা" য়াহৈদগী থক্তবা ওম্মী, লাই-খী পুম্নমক্না লক্ষ্মীগী চরণ পূজা তৌই, গঙ্গাগী চরণস্থ অহুক্তনা পূজা তৌই; মমম অসিনা পূজাগী মমমদা লক্ষ্মীগা গঙ্গাগা মান্নৈ; উপমান লক্ষ্মীগা উপমেয় গঙ্গাগা পূজাগী মমমদা মাম্নবা ধর্ম লৈবনা "লক্ষ্মীরিব" পদনা উপমালঙ্কার চাংদমবগী মক্তবা ওইরে। লক্ষ্মীরিব পদনা চাংদমবগী মখল ওইবা [illegible]

গঙ্গাতে কমল জন্মে-সভার সুবোধ।
কমলে গঙ্গার জন্ম—অত্যন্তবিরোধ॥ ৭৪
ইহা বিষ্ণু পাদপদ্মে গঙ্গার উৎপত্তি।
'বিরোধালঙ্কার' ইহা মহা চমৎকৃতি॥ ৭৫

অর্থঃ—

গঙ্গাদা থম্বাল পোকপা খ্বাইনা খঙনরিবনি।
থম্বান্দা গঙ্গাপোকপদি ওয়্-তৈনবনি॥ ৭৪
বিষ্ণুগী মথোং থম্বান্দগী গঙ্গা পোকপনি।
মহা অঙকপনি ওয়্-তৈনবা অলঙ্কারনি॥ ৭৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭৪। যৌক্তিক বিরোধাভাসরূপ অলঙ্কার (ওয়্-তৈনবা মানবা লৈতেং) উচ্চারি।

থাজৈশেংবা ওয়্তৈনবা করি অমতা য়াওরবা মফম অহুদা চাওয়াক্লা য়েংবদা ওয়্-তৈনরমাগে হাঙৈনা য়াখন তোবা মফম অহুবু বিরোধাভাস অলঙ্কার (ওয়্-তৈনবা মানবা লৈতেং) কৌই। অলঙ্কার কৌস্তুভ ৮।২৬।

শ্লোক্তা য়াওরিবা "এবা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তিসুভগা শ্রীবিষ্ণুগী মথোং থম্বান্দগী থোরকই হাঙৈহনা গঙ্গা ঙসি লাইবক ফবীনি" হায়েপরেং অসিগী মঙুংচনবা "কমলোৎপত্তি" পদদি বিরোধাভাস (ওয়্-তৈনবা মানবা) অলঙ্কার ওইরে। হায়ে পরেং অসিনা হাঙৈরিবসি, (বিষ্ণুগী চরণ) থম্বান্দা (ঈশিং) গঙ্গা পোকই; তৌইগুমসুং মহৌশাদি গঙ্গাদা (ঈশিংদা) থম্বাল পোকই, কৈদৌঙৈদসু থম্বান্দা ঈশিং পোক্তে, মরম অসিনা থম্বান্দা ঈশিং পোকই হাঙৈরবদি মী পুম্নমক্না থঙনবা অচুম্বা অতুগা শন্-তৈনবে হাঙৈনা পুক্নিংনা নীংলে; তৌইগুমসুং থাজৈশেংবদি করিসু ওয়্-তৈনবা লৈতে; মরমদি, ঙাইনা খঙনরিবা থম্বান্দি খ্বাইনা খঙনরিবা ঈশিং পোকপা ওইথোক্ত্রবসু ঈশ্বরগী অঙকপা শক্তিনা শ্রীবিষ্ণুগী চরণ-থম্বান্দা ঈশিংগী অধিষ্টাত্রী-দেবী গঙ্গা পোকপা অশেংবনি, মরম অসিনা ওকী হায়েপরেংদা সাধারণগী অচুম্বগা ওয়্-তৈনৈ হাঙৈহনা পুক্নিংনা নীংলবসু থাজৈশেংবদি করিসু ওয়্-তৈনকম থোক্তে; অতুগা মফম অসিদা ওয়্-তৈনবা অলঙ্কার ওইরে।

ঈশ্বর-অচিন্ত্যশক্তে গঙ্গার প্রকাশ।
ইহাতে বিরোধ নাহি 'বিরোধ-আভাস'॥ ৭৬
গঙ্গার মহত্ত্ব সাধ্য, সাধন তাহার।
বিষ্ণুপাদোৎপত্তি—'অনুমান' অলঙ্কার॥ ৭৭

অর্থ :—

ঈশ্বরগী অচিন্ত্য শক্তিনা গঙ্গা পোকহনবনি।
ওয়-তৈনবা নত্তে 'ওয়-তৈনবা' মানবনি। ৭৬
গঙ্গাগী মহত্ত্ব মাগী সাধ্য-সাধননি।
বিষ্ণুগী মখোঙদগী পোকপনা অনুমাননি। ৭৭

তথাহি ক্বচিৎ—
অম্বুজমম্বুনি জাতং ক্বচিদপি ন জাতমম্বুজাদম্বু।
মুরভিদি তদ্বিপরীতং পাদাম্ভোজান্মহানদী জাতা॥ ৬

## গৌর-কৃপা টীকা

৭৫—৭৬। শ্রীবিষ্ণুগী মখোং থম্বাল' হাঙবা য়াহৈ অসিদা 'থম্বাল' হাঙবা য়াহৈ অসি য়াওব্রবদি ফজদে, ঈশ্বরগী মকমদদি য়াওহনফম থোকই, মীগী মকমদদি য়াওনদে। গঙ্গা অসি শ্রীবিষ্ণুগী চরণ থম্বান্দগী থোরকপনি হাঙবদা করিস্ম চি ননীংডাই লৈতে অচুম্বান, মী পুম্নমক্কা খঙনরবা য়ানি, চরণ মখাদা থম্বাল পল্ল,বত্তুদা খবা ডক্কা ভারুবগী য়াদনি, মতৌ অসুম্না ওয় তৈনবদি নত্তরগা ওয়-তৈনবা মানবা অ-িবু ফজবা য়ারেংনি হাঙনা শাত্রনা শীংথানরি।

শ্লো। ৬। অন্বয়। অম্বুনি (ঈশিংদা) অম্বুজং (থম্বান) জাতং (পোকই, হৌই) ক্বচিদপি (কদাইদসু) অম্বুজাৎ (থম্বান্দগী) অম্বু (ইশিং) ন জাতং (পোক্কে, থোরক্কে)। মুরভিদি (মুরাবিদা বিষ্ণুদা) তদবিপরীতং (মাত্তুগী ওয়—তৌন [যতা ভক্ত) (মরম অতুনা মহাক্কী) পাদাম্ভোজাৎ চরণ-থম্বান্দগী) মহানদী তুরেন গঙ্গা) জাতা (পোকই. থোরকই)।

অনুবাদ। ঈশিংদা থম্বান হৌই, নফম কদাইদসু থম্বান্দগী ঈশিং থোরক্কে, পোক্কে, তে ইণ্ডবসুং তিষ্ণুদদি হ ঔাএবসিগা ওয়—তৈনৈ; মরম অতুনা মহাক্কী মখোং থম্বান্দগী গঙ্গা তুরেন পোকই—থোরকই। ৬

স্থূল এই পঞ্চ দোষ, পঞ্চ অলঙ্কার।
সূক্ষ্ম বিচারিয়ে যদি—আছয়ে অপার॥ ৭৮
প্রতিভা-কবিত্ব তোমার দেবতা প্রসাদে।
অবিচার-কবিত্বে অবশ্য পড়ে দোষ-বাদে॥ ৭৯
বিচারি—কবিত্ব কৈলে হয় সুনির্ম্মল।
সালঙ্কার হৈলে-অর্থ করে ঝলমল॥ ৮০

অর্থ :—

চাওয়াক্লা দোষ মঙা অলঙ্কার মঙাসি লৈরে।
বিচার কুপ্পবদি দোষ মশিংনাইদনা লৈরে॥ ৭৮
নংগী লাইগী কৃপানা কবিগী গুণ লৈরে।
বিচার য়াওদবা কাবা ওইবনা দোষ লৈরে॥ ৭৯
বিচার য়াওরবদি কাব্য অচু ফজগনি।
অলঙ্কার য়াওরবদি অর্থ অচু লংগনি॥ ৮০

---

## গৌর-কৃপাটীকা

৭৭। অনুমান—অলঙ্কার উচ্চরি। "মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ"—শ্লোকী অহানবা পয়েং অনিদা অনুমান-অলঙ্কার (যক্তবা লৈতেং, য়াংবি। সাধ্য অমসুং সাধনগী মরমদা (ফংগদৌরিবা পোং অমসুং ফংননবগী শাজেনগী মবমদা) হাঙ্গৈরিবা অদুবু অনুমান অলঙ্কার কৌই। সাধ্য-সাধনসম্ভাবেঽনুমান অনুমানব্য। অলঙ্কার কৌস্তভ। ৮। ৩৮

সাধ্য-অরেপ্পা অচুম্বা পোং; মাদুবু প্রমাণ তৌগদৌরিবা। সাধন—মরম (হেতু, কারণ) গঙ্গাগী মহত্ত্বনা সাধ্যনি—গঙ্গাগী মহত্ত্ব (মগুণ) না শ্লোক অসিগী মরু ওইবা বিষয়নি। গঙ্গাগী মগুণ কোংদোকে (থওহনগে) হাঙ্গৈবসিনা শ্লোক অসিগী উদ্দেশ্যনি); মরম অসিনা গঙ্গাগী মহত্ত্বনা মকম অসিদা সংধ্য বস্তু ওইরয়ে। বিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী থোরকপা অসি মহত্ত্বগী (মগুণগী) সাধ্যনি, মরম ওইরয়ে। বিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী থোরকপানি হাইদুনা মাগী মগুণ অসি অমুক চাওররিবনি। চরণ-থম্বান্দগী থোরক্লজরবদি মগুণ অমুক চাওরম্লোইদবনি। বিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী থোরকপা অসিনা মগুণ চাওননবগী মহত্ত্বগী মরমি (সাধনি)। সাধ্য অমসুং সাধন অমত্তা ওইনা উংপা অদুবু অনুমান অলঙ্কার (লৈত্তেং) কৌই।

শুনিঞা প্রভুর ব্যাখ্যা দিগ্বিজয়ী বিস্মিত।
মুখে না নিঃসরে বাক্য, প্রতিভা স্তম্ভিত ॥ ৮১
কহিতে চাহয়ে কিছু, না আইসে উত্তর।
তবে মনে বিচারয়ে হইয়া ফাঁফর ॥ ৮২

অর্থঃ—

দিগ্বিজয়ী ওক্নে প্রভুগী ব্যাখ্যা তাবদা।
জ্ঞান মাঙহনা লৈখয়ে বা ঙাংদয়ে মথিন্দা ॥ ৮১
বা ঙাংনীংলগা ঙাংকম খঙদহনা লৈখরে।
করি তৌগদগে খঙদহনা বাখল তৌয়ে ॥ ৮২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭৮। চাওরাক্না বিচার তৌবদা অবিমৃষ্টবিধেয়াংশনচিংবা (থক-থা ওয়বা) দোষ মঙা অমসুং অনুপ্রাসনচিংবা (হজিনবনা ফজবা) অলঙ্কার প্লোঙা উবা ফংই; কুপ বিচার তৌরবদি দোষ-গুণ য়াম্না উবা ফংগনি।

মশিং নাইদনা—যাম্না। বিচাব কুপ্লবদি—মথংশিংনা বিচার তৌরবদি।

৭৯। মহাপ্রভুনা দিগ-বিজয়ীদা হাঙ্গিরকই-"পণ্ডিত ! লাইগী কৃপাদগী নংনা অঙকপা ফংনা মগুণ লৈরে; নগুণ অদুগী কৃপানা কবিগুন্বা বিচার অমতং ইতৌ তৌদনা মহাক্না অরেম্বা লৈতনা (অনর্গল) শ্লোক শেম্বা ঙম্মিবদি; তৌইগসুং বিচার য়াওত্রবা কবিতা অদুদি অমদা নত্রে অমদা শোঙ্গিবদা দোষ লৈগনি।"

৮০। বিচার—দোষ গুণ বিচার তৌরগা। লংগনি—য়াম্না ফজগনি।

৮১-৮২। "অঙাং ওইরিবা নিমাই অসিদি-মানা তমজবা হায়বদু ব্যাকরণগনি, ব্যাকরণগী মচুংদসু য়াম্না অরাইবা কলাপ ব্যাকরণদং মহৈজবনি; অলঙ্কার শাস্ত্রনচিংবা হৈজবা নত্তে, তমজত্রিবনি—অদুনা মাবুদি হৌজিক ফাওবা ছাত্র অমনি হাঙ্গম্না নীংবা য়ারিবনি—অদুবু অঙাং অসিনা ঐগুম্বা দিগ-বিজয়ী পণ্ডিত (কাশ্মীর লৈবাকী কেশবাচার্য্য)না লেংবা শ্লোকশু-অলঙ্কার শাস্ত্রগী মতুংইন্না বিচার কুপ্না তৌরে! ঐগী শ্লোকী দোষ কয়ামুক পুথোক্নে ॥"—পূম্নমকনি থারুবদা দিগবিজয়ী পণ্ডিত তকপদা থম থেংথরে।

পঢ়ুয়া বালক কৈল মোর বুদ্ধি লোপ।
জানি সরস্বতী মোরে করিয়াছেন কোপ॥ ৮৩
যে ব্যাখ্যা করিল, সে মনুষ্যের নহে শক্তি।
নিমাইর মুখে হরি বোলে আপনে সরস্বতী॥ ৮৪
এত ভাবি কহে—শুন নিমাই পণ্ডিত।
তোমার ব্যাখ্যা শুনি আসি হইলাঙ বিস্মিত॥ ৮৫
অলঙ্কার নাহি পড়, নাহি শাস্ত্রাভ্যাস।
কেমনে এ সব অর্থ করিলে প্রকাশ॥ ৮৬

অর্থ:—

ঐগী বুদ্ধি মাঙহল্লে অঙাং ছাত্র অসিনা।
ঐবু শাওরশাল্লে নীংঙি সরস্বতীনা॥ ৮৩
ব্যাখ্যা তৌরিবসি শক্তি নত্তে মীওইবগী।
সরস্বতী তোংবননি মচীন্দা নিমাইগী॥ ৮৪
ভাবিয়ু নিমাই পণ্ডিত হায়ী দিগ্বিজয়ীনা।
নংগী ব্যাখ্যা তাবদা ঐ ঙকল্লে য়াম্না॥ ৮৫
অলঙ্কার তমদবা শাস্ত্র খঙদবা নংনা।
অর্থ অসুক ফজবা তৌরিবা করম্না ?॥ ৮৬

## গোর কৃপা-টীকা

য়া ঙাংবা থোকখিদরে। মাগী মগুণ অহ্ (জ্ঞান) ফকচিনখরে মল্লেং তাখরে। ফরি তৌগদগে হাঙবা খঙদরে (ফাঁকর ওইরে—চময়রে)।

৮৩—৮৪। পয়ার অনি অসিদা, দিগবিজয়ীনা ঙক্রহুনা বিচার তৌরকই হায়বা কোংদোক্লি। লাইরিক তম্বা কাওবা লোইত্রিবা অঙাং অসিগী মচিন্দগী পণ্ডিত ওইবগী য়া তাবদা ঐ (দিগবিজয়ী) য়াম্না ঙকখ্রে; বুদ্ধি জ্ঞান মাঙলে। নিমাইনা তৌরিবা ব্যাখ্যা মতৌ অসি মীওইবনা তৌবা ঙম্বা ব্যাখ্যা মতৌ নত্তে। সরস্বতীনা মাগী মচীন্দা তোংহুনা কোংদোকররিবনি।

৮৬। অতৌ শাস্ত্র তমদবা নত্তো দোষ মঙা অলঙ্কার মঙাগা পুথোতুনা অসুক ফজবা অর্থ তৌরিবা।

ইহা শুনি মহাপ্রভু অতি বড় রঙ্গী।
তাঁহার হৃদয় জানি কহে করি ভঙ্গী॥ ৮৭
শাস্ত্রের বিচার ভাল মন্দ নাহি জানি।
সরস্বতী যে বোলায়, বলি সেই বাণী॥ ৮৮
ইহা শুনি দিগ্বিজয়ী করিল নিশ্চয়।
শিশুদ্বারে দেবী মোরে কৈল পরাজয়॥ ৮৯
আজি তাঁরে নিবেদিব করি জপ-ধ্যান।
শিশুদ্বারে কৈল মোরে এত অপমান॥ ৯০

অর্থ :—

অসি তাবদা মহাপ্রভু নুংঙাইরে য়াম্না।
মহাকী থমোই খঙহুনা হাঙ্গী কাগি তৌহুনা॥ ৮৭
শাস্ত্রগী বিচার অফ-ফত্তা খঙজদ্রিবনি।
সরস্বতীনা হাঙ্গহনবা অতুতা হাঙ্গজবনি। ৮৮
য়াসি তাবদা দিগ্বিজয়ীনা য়াথম তৌরে।
দেবীনা অঙাংদা তোংহনা ঐবু মাঙ্গথীবা পীরে॥ ৮৯
ঙসিদি মাবু জপ-ধ্যান তৌহুনা খুরুমগনি।
অঙাংদা তোংলগা ঐবু মাঙ্গথীবা পীবনি॥ ৯০

## গৌর-কৃপা টীকা

৮৭-৮৮। দিগবিজয়ীনা মপুক্লিংদা খল্লী, সরস্বতীনা নিমাইগী মচীন্দা তোংহনা তৌরিবনি। দিগবিজয়ীগী মপুক্লিংগী য়া অসি অন্তর্যামী প্রভুনা খঙলহুনা কাগি তৌহুনা হাঙ্গরকই—"ঐদি শাস্ত্রগী বিচার খঙজদ্রিবনি, অফ-ফত্তা দোষ গুণসু খঙজদ্রিবনি; সরস্বতীনা হাঙ্গয়ু হাঙ্গয়ু হাঙ্গবা অতুতা হাঙ্গজবনি।"

৮৯। প্রভুগী য়া তাবদা দিগবিজয়ীনা খাজরে, সরস্বতীনা অঙাংগী মচিন্দা তোংহনা তৌরিবনি হাঙ্গবসি।

৯০। দিগবিজয়ীনা য়াশক্রে—"ঙসিদি য়ুমদা চংলগা সরস্বতী খুরুমখিগে, মতম কুইনা মনাই ওইজরক্লবা ঐবু মাইথীবা পীরগা অঙাং নিমাইদা করিগী মাঙ্গপাকপা পীরিবনো?"

বস্তুত সরস্বতী অশুদ্ধ শ্লোক করাইল।
বিচার সময়ে তাঁর বুদ্ধি আচ্ছাদিল॥ ৯১
তবে শিষ্যগণ সব হাসিতে লাগিল।
তা-সভা নিষেধি প্রভু কবিরে কহিল॥ ৯২

অর্থ :—

থাজৈশেংবদি সরস্বতীনা শোঙহনবনি।
বিচারগী মতমদা মাগী মাইথোং খুমথ্রবনি॥ ৯১
মাতুদা শিষ্য পুম্নমক্না নোকপা হৌবক্লে।
প্রভুনা নোকপা থায়গা কবিদা হাঙইরক্লে॥ ৯২

## গৌর কৃপা টীকা

৯১। মমাংদা হাঙঈগ্রে, সরস্বতীগী বোরনা (বর) দিগবিজয়ী কবি ওইবগী শক্তি লৈবনি; মাসিনা অচুম্বা ওইরবদি দিগবিজয়ীনা শ্লোক থীবদা কয়িগী লাল্লুগদগে? মাহং অসি লাকপা মথাই হাঙনা চিংনহুনা থাজৈশেংবা সরস্বতীনা শোঙহনবনি হাঙইরিবনি। কবি মরমগীদমক সাস্বতীনা শে ইহনবগে হাঙবদা সরস্বতীনা মাবু সংসারগী ম'যাগী থৌরীদগী নাম্থোকহল্লগে হাঙনা থন্দুনা তৌবনি। দিগবিজয়ীনা পণ্ডিত থরবু সংস্বতীগী কৃপাদগী মাইথীবা পীবা ওম্বা অসিদা মাগী মশাদা নাপন য়াম্না কাথিহুনা ঈশ্বরবু কাউগ্রে, মাহুদা সরস্বতীনা মাবু মপুং ফানা কৃপা পীবিরগে হাঙনা থন্দুনা মাগী নাপন অহু রৈথেক্লবগীদমক মানা শ্লোক থীবা মতম লানহনখ্রিবনি। নাপন য়াওরবদি ঈশ্বর কংবা ওমদে, ঐনা মতোল্লে হাঙনা থম্লবদি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈজবা ওম্মী, মরম অদুনা দিগবিজয়ীগী নাপন অসি থাজৈশেংবা সরস্বতীনা থুদেকপনি। শ্লোক থীবকপা মতমদা মাগী বুদ্ধি জ্ঞান, বিচার মাওহনখিহুনা অরানবা শ্লোক থীহনবনি।

৯২। দিগবিজয়ীনা মাঙথংবা উরগা প্রভুগী শিষ্যশিংনা নোকখি, মথোঙনা নোক্লীংবগী মরমসু লৈবনি; দিগবিজয়ীনা প্রভুগী নাক্তা লাক্লগা য়াম্না নাপন তৌখি। প্রভুবু অভাংগী শাস্ত্র ব্যাকরণতমক হৈ, ব্যাকরণ অহুম্ব কয়ম্বা ব্যাকরণনো হাঙবদা খ্বাইদগী লাঙবা কলাপ কৌবা ব্যাকরণদমক মহৈবনি, অতে শাস্ত্রদি কয়িম্ব খুঙলবা অভাংনি অদিশিংবা নোক্লবা রা উশিং তবা রা কয়াম্লব হাঙখি। মাহু তাবদা প্রভুগী

তুমি বড় পণ্ডিত মহাকবি শিরোমণি।
যার মুখে বাহিরায় ঐছে কাব্যবাণী॥ ৯৩
তোমার কবিত্ব যৈছে গঙ্গা জলধার।
তোমা সম কবি কোথা নাহি দেখি আর॥ ৯৪
ভবভূতি জয়দেব আর কালিদাস।
তা-সভার কবিত্বে আছে দোষের প্রকাশ॥ ৯৫
দোষ গুণ বিচার এই 'অল্প' করি মানি।
কবিত্ব করণে শক্তি—তাহা যে বাখানি॥ ৯৬
শৈশব চাঞ্চল্য কিছু না লবে আমার।
শিষ্যের সমান মুঞি না হই তোমার॥ ৯৭

অর্থ :—

নংদি পণ্ডিত অচৌবা মহাকবি-মকোক্নিনা।
অসিগুম্বা কাব্যগী য়া নচিন্না থাংবগা॥ ৯৩
নংগী কাব্য অসি গঙ্গাগী ঈশিংগুম্মী।
মকম কদাইদস্থ লৈত্তে নংগা মাম্না মী॥ ৯৪
ভবভূতি কালিদাস অমস্থুং জয়দেব।
মখোইগী কাব্যদা য়াওই দোষকী মমি তাবা॥ ৯৫
দোষ গুণগী বিচার খিবদি অয়াইবা য়াখনি।
কাব্য ইবা ওষগী শক্তিবু থাগৎপনি॥ ৯৬
চোইতাং থাংবদা দোষ লৌবিগনু অতাংগী।
ঐদি মাম্না ওমজদ্রি শিষ্যগস্থু নংগী॥ ৯৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

শিষ্যশিংনা মপুক্নিংদা য়াম্না হুংজাইখিদে। মনৈথংদা প্রভুনা দিগবিজয়ীগী শ্লোক অমগী মনুংদা দোষ কয়ামুক পুথোক্নুনা থওহনবা অক্নুদা শিষ্যশিং অক্নুনা অশেংনা থজবা ওমলে, দিগবিজয়ীদি নাপন, যুক্তানিদা মহৈবনি মহৈদি কয়িস্থু হৈতবনি, অমগা মখোইগী গুরু— ওবা অতাং নিমাইদি য়াম্না হৈশিংবা-পণ্ডিতনি, নাপন য়াওদবনি চাউথোকপা হৈতবনি। শিষ্যশিং অক্নুনা অতাং ওইবক্নুদা দিগবিজয়ীগী মতৌ উবদা পহনোক নোকপা অম্থ থোইদোক্পা অয়ানবা নত্তে। শিষ্যশিংনা নোকপা অম্থদা ইকাইপ্রগনি খন্দুনা প্রভুনা নোক্ননবা থারগা দিগবিজয়ীবু অমেত্তবা য়াহে কয়ামক্ষা থাংগৎখি।

৯৩—৯৮। কাব্যগী দোষ, গুণগী বিচার খিবদি অয়াইবনি মাক্নুদা অক্নুক য়াম্না য়াখল চংদে, মী অয়াম্বনা কাব্যগী দোষ-গুণ খিবা ওমই; তৌইরুম্বুং লাইরিক লেংবগী শক্তিদি য়াম্না লুবনি, মী অয়াম্বনা কাব্য লেংবা ওয়দে; কাব্য লেংবা ওষগী শক্তি

আজি বাসা যাহ, কালি মিলিব আবার।
শুনিব তোমার মুখে শাস্ত্রের বিচার ॥ ৯৮
এই মতে নিজ ঘরে গেলা দুই জন।
করি রাত্রে কৈল সরস্বতী আরাধন॥ ৯৯
সরস্বতী স্বপ্নে তারে উপদেশ কৈল।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর করি প্রভুকে জানিল॥ ১০০
প্রাতে আসি প্রভু পদে লইল শরণ।
প্রভু কৃপা কৈল তাঁর খণ্ডিল বন্ধন ॥ ১০১
ভাগ্যবন্ত দিগ্বিজয়ী সফল জীবন।
বিদ্যাবলে পাইল মহাপ্রভুর চরণ ॥ ১০২

অর্থ :—

ঙসিদি যুমদা লেংঙো হয়েং অমুক উমসি।
নংগী নচিন্দা শাস্ত্রগী বিচার তৌবা তাসি ॥ ৯৮
অশুম্না মখোঙ্গী অনি মযুমদা হুমথরে।
কৰিনা অহিংদা সরস্বতী পূজা তৌরে॥ ৯৯
সরস্বতীনা মমঙদা পাওতাক পীবিরে।
থাজৈশেংবা ঈশ্বরনি হায়না প্রভুবু থাজরে॥ ১০০
অয়ুক্তা লাক্লগা প্রভুগী খোঙদা চঙজরে।
প্রভুগী কৃপানা মাগী অপুনবা কোকপিরে ॥ ১০১
পুন্সি মহৈ মাল্লে লাইবক ফবা দিগ্বিজয়ীগী।
মহৈগী পাঙ্গেনা চরণ ফংখরে প্রভুগী॥ ১০২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

অসিদি থাজৈশেংনা থাগৎনরিবনি—কাব্যগী দোষ গুণগী বিচার থিবদগী গুণ য়াম্না হেন্না চাউনা থাগৎনৈ।

৯৯—১০০। মখোঙ্গী অনি মযুম মযুমদা চৎনরে। অহিংদা দিগ্বিজয়ীনা সরস্বতী আরাধন তৌতুনা নীংতুনা মাগী চরণ্ডা পুক্নিং লুংঙাইতবা কোংদাক্লে। দেবী সরস্বতীসু মাংদা ফাওজৎতুনা পেন্নতুনা মমঙদা উহন্দুনা পাওতাক পিবিরে, সরস্বতীগী পাওতাক্কী মীদিজয়ীনা খঙজরে, নিমাই পণ্ডিত অসি অচম্বা অঙাং নত্তে থাজৈশেংবা ঈশ্বরনি—স্বয়ং ভগবাননি।

এ সব লীলা বর্ণিয়াছেন বৃন্দাবনদাস।
যে কিছু বিশেষ ইহাঁ করিল প্রকাশ ॥ ১০৩
চৈতন্যগোসাঞির লীলা অমৃতের ধার।
সর্ব্বেন্দ্রিয়তৃপ্ত হয় শ্রবণে যাহার ॥ ১০৪
শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১০৫

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে
কৈশোর লীলাসূত্রবর্ণনং নাম
ষোড়শপরিচ্ছেদঃ ॥ ১৬

অর্থ :-

বৃন্দাবন দাসনা লীলা অয়াম্বা ইবিখ্রে।
ইরমদবা শরুক থরদংদা ম-ইজরে ॥ ১০৩
চৈতন্যগী লীলাদি অমৃতগী ঈচেল্লি।
মাগী লীলা তাবা ইন্দ্রিয় পূর্ণমক পেনবনি ॥ ১০৪
শ্রীরূপ—রঘুনাথ চরণ আশা তৌজবনা।
চৈতন্যচরিতামৃত লেংঈজে কৃষ্ণদাসনা ॥ ১০৫
শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী আদি খণ্ডদা কৈশোর লীলা
শরুপ্পা শীংথাবা অমাত্তরুকশুবা মতাং লোইজরে ॥ ১৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

১০৩। বৃন্দাবন দাসনা ইরমদবা শরুক থরা অচুম্বং ইজবনি। দিগবিজয়ীগী করবা লোক্তা প্রভুনা কবম তৌনা বিচাব তৌরম্বা, করম তৌনা দোষ-গুণ থিরম্বা হাঙ্গবা অদু বৃন্দাবন দাসনা ইবিরমদ্রে; ইবিবমদবা শরুক অচুম্বং কবিরাজ গোস্বামীনা ইজবনি।

১০৪। ইন্দ্রি পূর্ণমক—জ্ঞানগী ইন্দ্রী পূর্ণমক অমসুং কর্ম্মগী ইন্দ্রি পূর্ণমক। পেল্লী; করিগুম্বা ইন্দ্রি অমত্তনা অমুক অনৌবা অম। নীংঙু্বা লৈতে। শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলা অসি অমুক্তী মক্তিক থুমগে অমসুং পেনগে, কনাগুম্বনা ময়াইবক ফত্তনা লীলা অসি তজংলাকংলবদি লৌল অসিগী কৃপানা মী অচুগী ইন্দ্রীগী অপেনবা ফুংঙাইবা পূর্ণমক লীলা অসিদা লৈরে হাঙ্গবা থগুহল্লী, অত্তোপ্পা বিষয়দা যোন (মন) চোইথোকহন্দে (মায়া সংসারদা পুক্নিং লুপহন্দে)।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত । আদি-লীলা

## তরাতরেৎশুবা মতাং

গ্রন্থকারস্থ—

বন্দে স্বৈরাদ্ভুতেহং তং চৈতন্যং যৎপ্রসাদতঃ।
যবনাঃ সুমনায়ন্তে কৃষ্ণনাম প্রজল্পকাঃ ॥ ১

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

তরাতরেৎশুবা মতাংদা শ্রীমন মহাপ্রভুগী যৌবন কালগী মথল-মথা অয়াম্বা লীলা শীংথাজরি ।

শ্লো । ১ । অন্বয় । স্বৈরাদ্ভুতেহং (মনিংতম্বা অঙকপা থৌরম) তং (অদুম ওইবা) চৈতন্যং (শ্রীচৈতন্যবু) বন্দে (ঐনা খুরুমজরি) যৎপ্রসাদতঃ (মাগী থৌজালগী) যবনা· (পাঙনশিংনা) কৃষ্ণনাম প্রজল্পকা (কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌদুনা) [সন্তঃ] (ওইদুনা) সুমনায়ন্তে (পুকচেল শেংডি)।

অনুবাদ।—ইবুংঙো মাগী থৌজালা যবণশিংসু (পাঙনশিংসু কৃষ্ণনীংদবশিংসু) কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌদুনা থমোই (পুকচেল) শেংডো অমসুং সাধু বৈষ্ণব ওইহল্লী, অদুম ওইবা মনিং-মথা তৌবা অঙকপা লীলা শান্নরিবা শ্রীচৈতন্যবু ঐনা খুরুমজরি । ১

শ্রীচৈতন্য লীলাদি—মনিং-মথা তম্বনি—মানা তৌনিংবতা তৌবনি, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা ইন্নিন্দুনা তৌবা নত্তে; মহাক্কী লীলা অসি অঙকপনি—জগৎ অসিদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা মাগী মতৌগুম্বা থবক তৌবা ঙমদে। কাজি খুদুম চনবা—লীলাদা মানা তৌখি থৌরম পুন্নমক অদু খাইনা থঙনবা ঙাক্তনি; মত্তদা নৃসিংহ দেব ওইনা লাকুনা কাজিগী মথবাক শেংগাইরম্বা অদু ভাইবংদা কাজিনা হৌগৎলগা মোংবদা শেংগাইরম্বগী মনি খুদম মফম লৈরম্বা, কীর্ত্তন থুগাইবা কাজিগী মনাইশিংগী মচান্দা মৈ-না চাকহনবা অমসুং মখোয়গী মকোই মৈনা থাবা, যবণগী মচান্দা হরিনাম শোয়কপা, অসিনচিংবা পুন্নমকসি প্রভুগী মনিংতম্বা অমসুং অঙকপা লীলা ঙাক্তনি ।

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌর ভক্তবৃন্দ॥ ১
কৈশোর লীলার সূত্র করিল গণন।
যৌবন লীলার সূত্র করি অনুক্রম॥ ২

অর্থ :—

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌর ভক্তবৃন্দ॥ ১
কৈশোরগী লীলা শুপ্পমা শীংথাজখরে।
যৌবন কারকপগী লীলা ইজবা হৌজরে॥ ২

তথাহি গ্রন্থকারস্য—
বিদ্যা সৌন্দর্য্যসদ্বেশ-সম্ভোগ নৃত্যকীর্ত্তনৈঃ।
প্রেম নাম প্রদানৈশ্চ গৌরো দীব্যতি যৌবনে॥ (২)

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

ম্লেচ্ছশিং অসি মহীশানা ভগবন্ত ধর্ম্মগী যেক্কবা ওইরম্বনি, মখোঙ্গনা কীর্ত্তন তৌবা তাবা ওমদে তানীংদে। অতুনা পুন্ডনচিংবা থুগাইহনা নাম কীর্ত্তন তৌবা থিংবনি, তৌইগুম্বস্‌ শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপানা মখোঙ্গস্ন বৈষ্ণব, কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌবা মী (কৃষ্ণনাম প্রজল্পকা:) ওইরক্রে, মখোঙ্গগী পুকচেন মমা ঙৈদা মোংলম্বহনা কীর্ত্তন তৌবা থিংলম্বনি, হৌজিক্তি শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপানা কৃষ্ণ নাম-কীর্ত্তন তৌবদগী পুকচেন, পুক্কিং শেংখ্রে, ভক্তনি হাঙ্গহনা খঙনখবে।

২। শ্রীংথাজখরে- মথক্কী মতাং ১৬ শুবদা।

পোকপদগী চহি মঙা কাওবগী মতমদু কৌমার (অঙাংগী) মতম কৌই, বৎসল রস মুংশিবা রসনি; চহী মঙাদগী তরা কাওবগী মতম্‌ পৌগণ্ড (মজেন-মনঙাক ওবা) মতম কৌই, মতম অসি লাইরিক-লাইশু তম্বগী মতম্নি; সখ্য রসনি; চহি তরাদগী "হৈস্পো" রকুনা ওরামঙা কাওবগী মতমদু কৈশোর কৌই; মধুর রসনি, কৈশোর মখল অহুম্নি; মহুদিঃ—(১) অহানবা কৈশোর, (২) ময়াই চনবা কৈশোর, (৩) অরোইবা কৈশোর, শৃঙ্গার রস চুপ্পদি আস্বাদন তৌবদি কৈশোরগী মতমদনি। শ্রীকৃষ্ণগী কৈশোরগী চহি

বিদ্যোদ্ধতে কাহাকেও না করে গণন।
সকল পণ্ডিত জিনি করে অধ্যাপন ॥ ৪
বায়ুব্যাধি-ছলে কৈল প্রেম-পরকাশ।
ভক্তগণ লৈঞা কৈল বিবিধ বিলাস ॥ ৫

অর্থ :-

লাইরিক হৈবনা কনাবুসু শীংথাদরে।
পণ্ডিত পুম্নমকপু ওল্লগা মহৈ তম্বিরে ॥ ৪
হুংশিংনা—নাবা শাশিল্লহুনা প্রেম কোংদোক্ ই।
ভক্তশিংগা লোইননা হুংগাইবা কোংদোক্ ই ॥ ৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

হুদা হরিনাম ইবা অমসুং শঙ্খ,চক্র, গদা, পদ্ম-রেকপা চন্দন থিরবগী মওংসু রেকপা
• অহুবু উত্তরী কৌই) নচিংবা থোল্লে, লৈগী পরেং অমসুং মনম—হুংশিবা চন্দন
ান্নে, মাহুদা প্রভুনা নীংথীজবদি কন্দর্পগী (কামদেব—হুংশিবগী লাই) নাপন মাওহনবা
মলে হাঙবদি শীংথানীংঙাই লৈতনা নীংথীজরে।

৪। লাইরিক হৈবনা—(বিদ্যোদ্ধতো) মহৈদা হৈশিংবনা। শাস্ত্র পুম্নমক প্রভুনা
গহুনা চাংদম্নীংঙাই লৈতবা পণ্ডিত ওইরম্মী; মরম অসিদগী থজিত্তং চাওথোক্লিংবসু
গরম্মী; মতম অহুদা নবদ্বীপ্তা লৈরবা পণ্ডিত মম্নাম অহু প্রভুনা কনাবুসু শীংথাবিদে;
হুগী নাপন্দা মীশিংনা মতৌ করম্না চাওথোকচনাংবনো হাঙবা অহু খঙহনগে হাঙবগীদমক
ভুনা মতৌ অসুম্না চাওথোকপগী লীলা শাম্নবিরনি।

থাক্লৈশেংবমক প্রভুনা য়াম্না নীংথীজনা লাইরিক তম্বিরম্মী,—মাহুদা ছাত্র অমত্তনা
হদবা, তাব তাদবা য়াওদে অমসুং ছাত্রশিংগী থমোই শোক্না হাঙবদি কাউদনবগীদমক
াঙন-লাঙনা ব্যাখ্যা তৌহুনা তম্বি,—অতৈ কনাগুম্বা ওবা অমত্তনা মহাপ্রভুগী ব্যাখ্যাগুম্না
াকপিবা ঙমদে।

৫। হুংশিংনা নাশিল্লবা (বায়ুব্যাধিছলে) চংনবী লোন্দা হিংচাবী-চংবত্তুবা অনাবা।

ভক্তগী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফাওরকপা মতমদা মী কনাবুসু কিরবা ইকাইরবা
গত্তে, প্রেম অহুগী পাঙম্না (মতম্না) মহাক্না কম্পিতবদা লাউনা নোক্লকই, কম্পিতবসু

তবেত করিলা প্রভু গয়াতে গমন।
ঈশ্বরপুরীর সঙ্গে তথাই মিলন॥ ৬
দীক্ষা-অনন্তরে কৈল প্রেম পরকাশ।
দেশে আগমন পুন প্রেমের বিলাস॥ ৭
শচীকে প্রেমদান তবে অদ্বৈত মিলন।
অদ্বৈত পাইল বিশ্বরূপ দরশন॥ ৮

অর্থ :—

অতুগী মতুংদা প্রভুনা লেংঙক্ই গয়াদা।
ঈশ্বরপুরীগা উনরে মফম অতুদা॥ ৬
দীক্ষা কংলবা তুংদা থীন্দনা প্রেম তৌরকই।
ময়ুমদা লাক্লগা অমুক হন্না প্রেম ফোংদোকই॥ ৭
শচীদা প্রেম দান তৌরগা অদ্বৈত উনরে।
অদ্বৈতনা বিশ্বরূপ দর্শন তৌবা ফংজরে॥ ৮

গৌর-কৃপা-টীকা

কপ্পক্ই, করিগুম্বদম্ লাউরকই, কবিগুম্বদম্ জগোই শায়কই -ভক্ত অহুনা মীবু হঙ্গোইরব লৈতবনিনা থাঙ্গৈশেংবা অভাওবগী মতৌগুম্না তৌই (শ্রীভা. ১১।২।৪০, যৌবন চহি ১৭ চংলকপা য়ুম পাম্বগী মতমদা প্রভুনা মতম অমদা প্রেমগী মওং অতুম হাঙ্গল ফোংদোকখি)।

প্রভুনা নোংমা প্রেম ভক্তিগী বিকার 'মওং) পুম্নমক ফোংদোকখি। মীনা তৌনদবা অলৌকিক শব্দ (অঙকপা খোজেন) না লাওই। থয়ো থয়ো ওন্নী, নোকই, য়ুম থুদেকই। শাউহনা মাঙদা অউ-অউবা মী অহবু ফুই॥ মীকুপ অমদা চকচাং পুম্নমক অহু উত্তুপ তাবদৌনা লৈবাক্তা চপতিংনা লৈ। অম্নম হাঙ্গনা মূর্চ্ছা বাম্ববা অসি উরগা মীনা কিনৈ। মতৌ অসিদা কনা কনাগুম্বনা খন্নবদি তুতনা নত্রগা হেলোইনা তৌহল্লিমালে হাঙ্গনৈ। তুংদদি মাগী লীলা মানা শাম্নজবনিনা করিম্ব মুংশিংনা-নাবা ভৌদে (হিংচাবী চংবা তৌদে) অহুম ময়নাই কখি। শ্রীচৈঃ ভাঃ আদি। ১০। ভক্তশিংগা লোইননা অসিনচিংবা ভক্তশিংগা লোইননা অয়াম্বা হম্নাও-অয়াম্বা তৌই, মখোঙ্গী পোৎনচিংবা লৌহনা মখোঙ্বু মুংজাইহল্লী।

তবে ত দ্বিভুজ কেবল বংশীবদন।
শ্যাম অঙ্গ পীত-বস্ত্র ব্রজেন্দ্রনন্দন॥ ১৩
তবে নিত্যানন্দ-গোসাঞির ব্যাসপূজন।
নিত্যানন্দাবেশে কৈল মুষল ধারণ॥ ১৪

অর্থ :—

মথংদা থুং অনি পানবা বংশীবদন ওঁরে।
ব্রজনিংথৌ মচা সনা ফিগে থোনবা ওইরে ।। ১৩
অদুদগী নিত্যানন্দনা ব্যাস পূজা তৌখি।
নিত্যানন্দগী মুষল পাঙবা বলরাম ওইখি ।। ১৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

কনা অমনা মরেংহবান্দা তোংহন্দুনা প্রভুবু ময়ুমদা পুই। কনা অমনা হাঙ্গি - ওরাংদি ঐগী য়ুমদা চাক মরাং কাঙনা চানখরে। অদুবু নংবুদি নিংশিংহৌদ্রে।। মঙ্গেন-মহাশি, অদুগী মা জাবদা প্রভুনা নোকচৈ।। শঙ্গোম অফবা, অনৌবা, ঘী, মাখোয়চিংবা পুরক্তুনা হরাওবগা লোইননা প্রভুদা গোপশিং অদুনা পীজৈ।। ”

গন্ধ ললোনবগী ময়ুমদা চৎলগা গন্ধদ্রব্য লৌই; লৈ যোনবগী ময়ুমদা চৎলগা লৈপরেং লৌই; কা য়োনবগী ময়ুমদা চৎলগা কা লৌই; মোইবুং য়োনবগী ময়ুমদা চৎলগা মোইবুং লৌই, অদুম্না শ্রীধরগী ময়ুমদা চৎলগা মগা প্রেমগী মরীদা য়াম্না শাবদা থৎনবা হৌরে। প্রভুনা হাঙ্গি—

“শ্রীধর নংদি মতম লৈবা থিবিক্তা হরি হরি হাঙহুনা লক্ষ্মীকান্তগী সেবা তৌহনজা লৈ, অদুবু নংগী লৈত-লাইরা অরাবা কোকপা লৈতবা অসিবু করিনো ? ” শ্রীধরনা খুমই— “চম্রাদি হেনজদ্রি; পিক্রবসু চাওরবস্ত ফি অমতংদি শুৎচরি।” প্রভুনা হাঙ্গি —“নংনা শেংলিবা ফি অদু মকম তগ্না থোক্লা কোৎপা ঙমে। নয়ুমদসু শীং-মৈ থানবা অমতা লজে।

আদুপা য়েংঙু, চণ্ডী-বিষহরি পূজা তৌবা মী, পুয়মক্তি কয়াদা সুংঙাইনা মনিং-মথা তম পাক্লিবনো।” অদুম হাঙনা থংনরে। তুংদা শ্রীধরনা হাঙরকই - “ঐগী য়ুমদা লোয়শিন্নি পণ্ডিত। নংগা ঐগা অসিদা থংনহুনা কাম্রদে।” প্রভুনা হাঙ্গি - “ঐভোন্দা

তবে শচী দেখিল রাম-কৃষ্ণ দুই ভাই।
তবে নিস্তারিল প্রভু জগাই-মাধাই॥ ১৫
তবে সপ্তপ্রহর প্রভু ছিলা ভাবাবেশে।
যথা তথা ভক্তগণ দেখিল বিশেষে॥ ১৬

অর্থ :—

শচীনা রাম কৃষ্ণ মচিন-মনাও ওইনা উখি।
মথংদা প্রভুনা জগাই মাধাইবু লানবিখি॥ ১৫
অহুম্বা প্রহর তরেৎ প্রভুনা ব্রজ ভাব ফনখি।
ভক্তশিংস্থ মফম অহুদা নীংথীনা উখি॥ ১৬

গৌর-কৃপা-টীকা

কল্প পীগনি হায়িয়ু; নত্রবদি চংলোই—নংগী শেন-থুম লৈন্নুংদা ফুম্লীবরা, করিগুম্বা অফুম্বা লৈরবস্থ কোমা লোগে। হৌজিক লকোই ওইরবস্থ হা ওইরবস্থ শেল যাওদনা মমন রাওদনা থম্না পীজো। অহাও অথুম থম্না পীজরবদি ঐনা নংভোন্দা থংনবা হৌরোই।" শ্রীধরনা রাখন তৌরগা হায়িবকই—তাবিয়ু গোসাঞি। শেলগী রা অদু থমখিসি, হৌজিক্লা লকোই, মূলা, হা-নটিংবা লৈজবা পোৎ কুরদং কচ্চগে। নখোঙ্গী পুম্মক এগা থংনবা তোক্লসি॥ অসিগী তুংদা ইঙ্গিত্তা প্রভুনা মশাগী তত্ত্ব কেংদোক্লনা উহল্লগা লেপ্লে। মতৌ অসুম্না প্রভুনা ভক্তগা লোইনদুনা শান্নরুই। শ্রীচৈ: ভ.: আদি। ১০।

৬-৭ গয়াদা লেপ্তবা—জগন্নাথ মিশ্রগীদমক শ্রীবিষ্ণুপাদ পদ্মদা পিণ্ড কৎকে হায়িবগী রাখন্দা প্রভুনা গয়াদা লেংলম্মী।

গয়াদা শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীগা প্রভুগা উনরে। শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরী অসি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরী—গোস্বামীগী শিষ্যনি। মহাত্মা অসিগী মমাংদা নবদ্বীপত্তা অমুক লাক্লমই, অমসুং শচী মাতাদগী ভিক্ষা নিরমই। অদুদগী হৌদুনা ঈশ্বর পুরীগা প্রভুগা খঙনখি।

গয়া মপান্দা প্রভুনা নোংমা চাকথোংদুনা চাগদবগী থৌরাং তৌরম্মী; মতম অদুমক্তদা ঈশ্বরপুরী লাকুনা অতিথি ওইররে, মাদুদা প্রভুনা চাক অদু অতিথিদা লোইনা পিজখোকল্লে, মশাগি করিস্থ চাহৌরে। অসিগী তুংদা নোংমা প্রভুনা সাধন-ভজনগী লম্বীদা গুরু কৃপা রাওবা হৌদৈ হায়িবসি, খাইনা থঙননবগীদমক গয়া তীর্থদা চত্থ

## গৌর-কৃপা টীকা

শ্রীপাদ ঈশ্বর পুরীগী মফমদগী দশাক্ষর গোপাল মন্ত্র-ময়েক তরাগী মন্ত্র তমহূনা লাইমিং লৌরম্মী (দীক্ষা তৌরম্মী)। দশাক্ষর মন্ত্র :—"ক্লীঁ গোপীজনবল্লভায় স্বাহা" {(১) গো (২) পী (৩) জ (৪) ন (৫) ব (৬) ল্ল (৭) ভা (৮) য় (৯) স্বা (১০) হা}।

লাইমিং লৌবা লোইরগা প্রভূনা পুরী-গোস্বামীগী মফমদগী শ্রীকৃষ্ণ প্রেম-ভিক্ষা বিয়ে, মাহুদা মানা প্রভুবু কোনবিয়ে ; হেক কোনবগা মবানিগী হকচাং অহু প্রেমা পুমচোং-চোংখ্রে। অহুগা নোংমা মুমিং অমসু প্রভূনা অচিকপদা ফমহূনা ইষ্ট-মন্ত্র জপ তৌরম্মী; মতম অহুদা প্রেমা ভাওহূনা "হা কৃষ্ণ ইবুংঙো নংবু কদাইদা লৈবগে" অসিনচিংবা হাঙহূনা অরাধা খোঙেন্না লাউ-খোংহূনা লৈবাক্তা থগ্নো-থগ্নো ওল্লম্মী।

মুমিং অহু য়াম্না মানা প্রভুবু খেমজিল্লম্মী। অহুগী তুংদা প্রভূনা লোইনবশিংদা হাঙিরম্মী, "নখোঙ্গী পুন্নমক নয়ুম নয়ুমদা চংলো, ঐদি থরাইনা! মুংশিজগবা শ্রীকৃষ্ণ থিবা মথুরাদা চংলগে।" অসিগী তুংদা নোংমা অহিংগী মমৈদা (নোংঙাল্লমদাইদা) কনাবুম্নু খওহল্লমদনা প্রেমা ভাওহূনা মথুরাগী মাইকৈরোমদা চংলম্মী; থগ্না লাম্মা চংলুরগা দৈববাণী (স্বর্গগী খোগ্নাঙ) তাহূনা হম্লক্লে। গয়া—যাত্রা তৌরুবদগী মহাপ্রভুগী অসিগুম্না প্রেমা ভাওবগী য়ান্নী শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী আদি ১৫ শুবা অধ্যায়দা উবা ফংই।

৮। শচীদা প্রেম দান—শ্রীঅদ্বৈতগী মফমদা শচীমাতানা অপরাধ তৌখিবা লৈ হাঙহূনা প্রভূনা অহানবদা মমাদা প্রেম দান তৌরমদে ; মতুংদা করিগুম্না থৌওং অমা তৌহূনা মমাগী মরান অপরাধ অহু কোকহনখি ; অহুদগী প্রেম দান তৌখি। ১। ১২। ৪০ পয়ার য়েংবিয়ু।

অদ্বৈত উনবা—গয়াদগী প্রভূনা লাক্লগা শ্রীগদাধরগা লোঙ্গনহূনা নোংমা শ্রীঅদ্বৈতগা উনখি। অদ্বৈতগী ময়ুম য়ৌবদা প্রভুনা উৎসী,—"শ্রীঅদ্বৈতনা ঈশিং তুলসীনা কৃষ্ণ সেবা তৌবা থুং অনি থাজংতুনা লাউনা হরি-হরি শোনবা, ভাইহাক কপ্পা-লাউবা, মইহাক নোকপা কৃষ্ণ-সেবা তৌরম্বা লোইদনা (থাদোকুদা)।" শ্রীঅদ্বৈতগী মতৌ অসি প্রেম্না হেক উবগা প্রভু য়াম্নখরে লৈবাক্তা। য়াম্নগ্রিবা মতৌ অসি ভক্ত অবতার ওইবা শ্রীঅদ্বৈতনা ভক্তিগী শুগা থওবা ভয়ে, "মহাক অসি ঐগী প্রাণ নাথনি হাঙবা।"

বরাহ-আবেশ হৈলা মুরারি ভবনে।
তাঁর স্কন্ধে চাড়ি প্রভু নাচিলা অঙ্গনে ॥ ১৭
তবে শুক্লাম্বরের কৈল তণ্ডুল-ভক্ষণ।
'হরের্নাম' শ্লোকের কৈল অর্থ বিবরণ ॥ ১৮

অর্থ :—

মুরারীগী যয়ুমদা প্রভুনা ওক ওইখি।
মাগী লেংবান্দা তোংতুনা প্রভু জগোই শাখি ॥ ১৭
অদুদগী শুক্লাম্বরগী চেঙ লৌতুনা হাখি।
হরের্নাম শ্লোকী মরমদা লৌনা অর্থ তৌখি ॥ ১৮

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদুদগী শ্রীঅদ্বৈতনা, প্রভুনা মাহুরিগীদা পূজা তৌদুনা "নমো ব্রহ্মণ্য দেবায়" অসিনচিংবা শ্লোক থীদুনা প্রভুবু খুরুমজখি। বিশ্বরূপ দর্শণ—নন্দন আচার্য্যগী য়ুমদগী শ্রীঅদ্বৈতনা লাক্লগা প্রভুগী বিশ্বরূপ দর্শণ ফংজরে ( অন্তর্য্যামী প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী পুক্নিংদা ঐশ্বর্য্য উনিংবতু খঙলম্মী )।

আচার্য্যনা উজখিবা রূপ অদু অসিনি—"জিনিয়া কন্দর্প-কোটি লাবণ্য-সুন্দর। জ্যোতির্ম্ময় কনক-সুন্দর কলেবর।" প্রভুগী "পাম্বোম অনি সনাগী থুম্বীদগী হেন্না ফজৈ, মাতুগী মথক্তা নীংথিজবা অলঙ্কার-রত্ননা কল্লকপা। শ্রীবৎস কৌস্তুভ মহামণিনা থবাক্তা লৈতেংবা, মকর-কুণ্ডল বৈজয়ন্তী পরেংনা লৈতেংবা। চরণ রমা, অনন্তনা ছত্র পাইবা শাথেক অদুমদা বাঁশী নোক্লা নোক্লা থোংবা, প্রভুনা কয়াদা নীংথিজপ্রবনো অলঙ্কারনা কয়াদা নীংথিজপ্রবনো। অমংবা মঙান (জ্যোতির্ম্ময়) নত্তনা অতৈ অমত্তা উথিদরে। মমাই ৪০০/৫০০ লোংবা লাইশিংনা মনাক্তা খুরুমতুনা লৈ, নারদনচিংবা শুক মুনিনা, মায়া অকিবগা লোজিননা স্তুতি তৌরি। মকর তোংবা গঙ্গাগা মাগবী মজবী হুই (বরাঙ্গনা) অমম্না চৈ তাবনৌনা খুরুমহুনা লৈ। মাহু উবদা মমাই লিপীং অমা পানবনা স্তুতি তৌরি। মাইকৈ মরিদা জ্যোতির্ম্ময় ওইবা লাইশিং লৈ। চরণ লেংনা খুরুমতুনা লৈ। লাই লিপীং-লিশিংনা 'কৃষ্ণ' হাঙৈতুনা খুরুম্মি। মকম অদু মী চংবা চনপিদে।

(তথাহি বৃহন্নারদীয়ে)

হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥ (৩)

কলি কালে নামরূপে কৃষ্ণ অবতার।
নাম হৈতে হয় সর্ব্ব জগত-নিস্তার॥ ১৯

অর্থ:—

কলিযুগতা নাম ওইনা কৃষ্ণ অবতার তৌই।
নামদগী জগৎ অপুম্বা অরান-খুবম ফংই॥ ১৯

## গৌর-কৃপা-টীকা

মহাঋষিশিংনা মনাক্তা খুকমহুনা লৈ।" অসুম ওইবা অওকপগী মশক ওইবা রূপ অসিনা তাক্লিবদি অদ্বৈত প্রভু মশামক্তা ইবুংঙো মাবু নোংনবগী মরম ওই অমসুং অবতার তৌরে হায়বগী রা কেংদোক্নে। শ্রীচ, ভা, মধ্য ৬। ১। ৪। ৯ পয়ারগী টীকা।

৯। প্রভুগী অভিষেক অসিনচিংবা—নোংমা শ্রীমন মহাপ্রভুনা রাধন্দা মুংবংনরবা নিত্যানন্দগা লোইনহুনা শ্রীবাসকা মণ্ডপদা লাক্লগা ঐশ্বর্য্যগী ভাবতা লুপগ্রে; ভক্ত পুম্নমকসু মথং মথং লাক্লুনা থুংগ্রবে অমসুং কীর্তন হৌবে; প্রভুনা ভাইশাক অগোই শারম্নগা বিষ্ণুগী আসন্দা (কাংথোন্দা) কাখংলী—তৌইগুমসুং বিষ্ণুগী আসনি (ফিদানি) হায়বা খওন-খওনা কাখংপদি নত্তে—ভাব চোইরক্লুনা কাখংহুনা ফম্লবনি। তৌইগুমসুং ওসিদি মতৌ অহু নত্তে; ওসিদি প্রহর তরেং চুপ্পা ফমহুনা লৈরে। মমাংদা ভক্ত পুম্নমক্তা খুং জোড় (লোম্নবা) তৌহনা লৈবে। প্রভু যাম্না মুংওাইনা লৈরে। মী পুম্নমক্তা মপুক্লিনা নীংনৈ—থাঙ্গৎংবা বৈকুণ্ঠনাথনা কাংথোন্দা ফমহুনা লৈরে। মতম অহুদা প্রভুনা য়াথং পীবকই—"ঐগী অভিষেক্তা ঈশৈ শকউ।" মাহুদা ভক্ত পুম্নমক তিরহুনা অভিষেক্তী ঈশৈ শক্নে। প্রভুনা পুম্নমক্তী মফমদা কৃপাগী মীৎয়েংনা য়েংবিরে; মতম অহুদা মরামসু প্রভুবু অভিষেক তৌনীংলে (চাইথনীংলে)।

মতম অহুদা ভক্ত পুম্নমক্তা গঙ্গাজল পুরক্লে, অহানবনা অকবা ফিরা ছানা থাহুনা চুমথোক্লে। অহুদগী মনম মুংশিবা পোং হাপ্লুনা ভক্ত মযাম অহুনা প্রেমগা লোইননা শাব শারে। মাইকৈ মবিরা মহাজগ লনি ওাক্লা তারে, খাই চওহুনা অভিষেক মঙ্গ পারে।

দার্ঢ্য লাগি হরের্নাম উক্তি তিনবার।
জড় লোক বুঝাইতে পুনরেবকার ॥২০

অর্থ :—

চেৎননবা হরের্নামৈ অহুম্রক হাঙবনি।
মী অপঙবা খঙনবগীদমক হজিনবনি ॥ ২০

---

গৌ-কৃপা-টীকা

ইহান হানবদা শ্রীনিত্যানন্দনা জয় জয় হাঙদুনা, প্রভুগী নীংথৌজরবা মকোক্তা হয়াও-হরাওনা ঈশিং হৈরে। শ্রীঅদ্বৈত শ্রীবাসনচিংবা মকোক ওইবা ভক্তশিংনা মন্ত্র পোম্লুনা ঈরুজবিরে।" মুকুন্দনচিংবনা অভিষেকী ঈশৈ শক্রে; মুগীশিংনা ছত্র ধ্বনি (উ লাউবা) তৌরে মুংতাইবগী খোল্লাও লাউরে। ভক্তশিংগী মমুংদা কনা অমনা কপই, কনা অমনা নোকই, খরনা জগোই শাই।

শ্রীনিত্যানন্দগা উনরবগী তুংদা অভিষেক তৌই। নিত্যানন্দ থুংগত্রিঙৈদা অভিষেক তৌই হাঙবসি চৈতন্য ভাগবততা য়াওদে।—মধ্য খণ্ডগী মাপন শুবা 'অধ্যায়।

নিত্যানন্দ লাক্ত্রিঙৈদা তিন্নত্রিঙৈদা শ্রীবাসকী য়ুমদা ঐশ্বর্য্য উৎথি। (শ্রীচৈ ভা. মধ্য ২।) প্রভুদা স্তব স্তুতি অমসুং পূজা তৌই, মতম অদুমক্তদা অভিষেক তৌদে।

১০। শ্রীনিত্যানন্দ-স্বরূপ — শ্রীনিত্যানন্দ-প্রভু। শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা চহি য়ামত্রিঙৈদা মখেক বাংকপা মতমদা লম্বোইবা অমনা মাগী মমা-মপাদা হাঙজদুনা নিঙদুনা মাবু পুখি, লম্বোইবা অদুগা লোইননা তীর্থ য়াম্না কোইরুরগা শ্রীনিতাই বৃন্দাবন্দা লাক্লে; মফম অদুদা লৈরিঙৈদা মানা খঙবা ওয়ে, শ্রীকৃষ্ণনা নবদ্বীপ্তা অবতার তৌদুনা লীলা শ ম্নখরে; অদুদগী মানা নবদ্বীপলোমদা বাত্রা তৌরক্লে অমসুং নন্দন আচার্য্যগী য়ুমদা অতিথি ওইনা থুংখি।

প্রভুনা নবদ্বীপ্তা কনাগুম্বা মহাপুরুষ অমা থুংলেগনি হাঙবসি খঙতি। অদুনা ভক্ত খরগা লোইনদুনা বররা মরুমদা কনা থুংলবগে হাঙদুনা কোইখি থিরকপদা নন্দন আচার্য্যগী য়ুমদা চংলক্লে, মাদুদা উরে—মুখিং কোটিগী মতানগা মাম্বা মহাপুরুষ অমা

কেবল-শব্দ পুনরপি নিশ্চয় কারণ।
জ্ঞানযোগ-তপ-কর্ম্ম-আদি নিবারণ ॥ ২১

অর্থ :—

অয়েক্সা খণ্ডননবগী অমুকস্মু হনবনি।
জ্ঞানযোগ কর্ম্ম তোপনচিংবা তোক্লনবনি ॥ ২১

---

## গৌর-কৃপা টীকা

ধ্যান তৌত্রুনা লৈবা। প্রভূনা মাবু খুৎসংগা লেপ্তুনা লৈরে। কনাস্মু ন্না অমতা ভাংলে; প্রভূনা অতিথি ওইরিবা অহুগী মশাদা য়েংতুনা লৈ; লাক্লিবা অতিথি অহুস্মু প্রভূগী মাইথোংদা য়েংতুনা লৈ। প্রভূগী ইঙ্গিৎ মতুং-ইন্না শ্রীবাসনা শ্রীকৃষ্ণধ্যানগী শ্লোক অমা থীরকই। শ্লোক অচু শ্রীনিত্যানন্দনা ভাবদা রাম্বখরে; শ্রীবাসনা অমুকস্মু শ্লোক থীরকই; ভাইহাক লৈরগা নিতাই জ্ঞান লাক্লে তৌইশ্রমুং প্রেম্না ভাওতুনা হুঙ্কার, ঙংবা, লাউবা, কপ্পা, জগোই শাবা, চোংবা অসিনচিংবা তৌবদা মী পুন্নমক ঙক্লরে।

কনা অমতনা মাবু ফাবা ঙমদ্রে; মতম অতুদা মহাপ্রভূনা মাবু মতমপাক্না পামখৎলে, খুদক অদুমক্তদা নিমাই-পংখখরে। অদুদগী মতুংদা মখোঙ্গী অনি ইঙ্গিৎনা থারী শানরে; শ্রীনিতাইনা তীর্থ কোঈবগী ন্না, বৃন্দাবন চৎপগী ন্না, বৃন্দাবনগী নবদ্বীপ লোংদা হল্লকপগী মরম পুন্নমক হাঈরে। শ্রীচৈ, চ, মধ্য ৩—৪।

প্রভুবু অসিনক্লিবা —মহাপ্রভূগা লোঈনবদা শ্রীনিতাই, মহাপ্রভূনী পাংগোম ভরুক পানবা রূপ দর্শন ঋলে। শ্রীচৈতন্য ভাগবতকী মোংতা উনবা মুমিৎ অসিদা পাংগোম ভরুক কোংলোক্তে।

ব্যাস পূজাগী মুমিৎতা শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা মহাপ্রভূগী ওক্তা লৈ-পরেং হুকুপদগী খুদক অদুমক্তদা পাংগোম ভরুক পানখি। শ্রীচৈ. ভা. মধ্য ৫ ॥

মতাং অসিদা ইখিবা লীলাগী মথং-মনাও অসি অয়াম্বা মকমদা শ্রীচৈতন্য ভাগবতকা পামদে। লাইরিক লেংজিবা কবি ভক্তনা রস চুপ্পীংবা মতুংইন্না ইনিংবনা অমুম লৈরিখ্রি।

অন্যথা যে মানে, তার নাহিক নিস্তার।
'নাহি নাহি নাহি' এ তিন একার ॥ ২২

অর্থ :—

নাম থাজত্রবা মীওই'ছু মাগী লানকম লৈতে।
অহম্মক হয়া হাঙ্জরি লৈতে লৈতে লৈতে ।। ২২

গৌর-কৃপা-টীকা

১১। পাম্বোম তরুব—পাম্বোম তরুক পানবা রূপ। শার্ঙ্গ— মথুরা নাথ শ্রীকৃষ্ণগী লিকংগী মমিং শার্ঙ্গ কৌই। শ্রীমন মহাপ্রভুনা শ্রীমন্নিত্যানন্দ-প্রভুদা পাম্বোম তরুক পানবগী রূপ উহনবা অতুদি—শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম-শার্ঙ্গ ধনু-বেনু পাঙ্গবনি। শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্মনা দ্বারকা নাথকী খুংলাইনি, শার্ঙ্গনা মথুরা নাথকী খুংলাইনি, বেনুনা ব্রজনাথকী খুংত পাঙ্গনবনি। খুং (পাম্বোম) তরুক্না পোং তরুক পাঙ্গ্না উহল্লিবদি—মহাক অসি দ্বারকানাথ মথুরানাথ অমসুং ব্রজনাথকা তিমনা। মুক্তিনি—হাঙ্গবদি দ্বারকা, মথুরা অমসুং ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ অমতংনা অওকপা ভাব পুম্নমক অসি পুথোকপনি হাঙ্গবসি খওহনগে হাঙ্গবগীদমক শ্রীমন মহাপ্রভুনা মথকী ধাম তহমগী অওকপা ভাব পুম্নমক নৌনা ফোংদোকই। ভাব অমবোমদনা মানা খওহল্লিবদি—দ্বাপর যুগতা মহাক্না দ্বারকা (পূর্ণ), মথুরা (পূর্ণতর), বৃন্দাবনদা পূর্ণতম) লীলা ফোংনা শান্নরম্বী অদুগা হৌজিক কলি যুগতদা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা নবদ্বীপ্তা অবতার তৌই। দ্বারকানাথ, ব্রজনাথ অহুম অসিগী মচুদি আকাশ মচু নত্রগা অমুবা মচুনি। অহুম অসিনা পুন্নবা পাম্বোম তরুক পানবা রূপসু শ্যামবর্ণ (আকাশ মচু) নত্রগা কৃষ্ণবর্ণ (অমুবা মচু) ওইহন্দ্রী হাইবা নীংঙি।

অওইবা অমা ওইরুসনু, মফম অসিদা পাম্বোম তরুক পানবগী মরমদা শীংথারিবসিগা শ্রীচৈতন্য ভাগবততা শীংথাবগা মবম অনি অসি তিন্নদরে চুশিন্নদ্রে। শ্রীচৈতন্য ভাগবততা হাঙ্গরিবনা প্রভুগী পাম্বোম তরুকতা "শঙ্খ-চক্র-গদা পদ্ম-শ্রীহল-মুষল" পাঙ্গ হাঙ্গনা ইরি; হল-অমসুং মুষলগী মহুৎতা কবিরাজ গোস্বামীনা শার্ঙ্গ অমসুং বেনু পায় হাঙ্গনা ইরি। হল অমসুং মুষলদি শ্রীবলরামগী খুংলাইনি। মুরারিগুপ্তগী কড়চাদা পাম্বোম তরুক পানবা রূপ প্রভুনা ওইখিদি হাঙ্গ অদুগা করি করি খুংলাই পাঙ্গবগে হ উবাহুদি ইরমদ্রে (২।৮।২৭)। কড়চাদা পাম্বোম মরি অমসুং পাম্বোম অনি পানবা রূপসু ইরি,

তৃন হতে নীচ হৈয়া সদা লবে নাম।
আপনি নিরভিমানী, অন্যে দিবে মান॥ ২৩

অর্থ :—

নাপীদগী হেন্না ভোন্না নাম লৌগদবনি।
মীওোন্দা মানপিথোক্লগা নাপন থাদোকনি॥ ২৩

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

মৌইগুরুম্নুং শ্রীচৈতন্য ভাগবততদি পাম্বোম তরুক পানবা নত্তবা অতৈ রূপস্নু ওইথিবগী রূ ইরমজে।

১২। শাথেক অহুম—ওক, থ্বাং, অমস্তুং থুউ মকম অহুম অসি কোন্তক তৌবা (বঙ্কিম)। পাম্বোম তকক পানবা হৃষ্কিনথ্রগা পাম্বোম মরি পাল্লে, মাচুদা থুং অমদা শঙ্খ, থুং অমদা চক্র অহুগা থুং অনি অমনা বেনু থোংলম্মী। শঙ্খ চক্রনা ঐশ্বর্য্য খণ্ডনৈ অহুগা ত্রিভঙ্গরূপ্তা (শাথেক অহুমদা) বেনু পাঙ্গবনা ঐশ্বর্য্যগী হৌরকফম ওইবা (ঐশ্বর্য্য গর্ভ) পূর্ণতম মাধুর্য্য খণ্ডনৈ। মতম মত্তমগী মতুং-ইন্না পুথোকই।

১৩। পাম্বোম মরি হৃষ্কিনথ্রগা শ্রীমন মহাপ্রভুনা অমুক শ্রীমন্নিত্যানন্দদা পাম্বোম অনি পানবা রূপ ব্রজেন্দ্র-নন্দন (ব্রজনিংথৌগী মচাগী রূপ) উহল্লে; পাম্বোম অনি প্যানবগী কুচুদি শ্যাম বর্ণনি (নীম মচুনি, কনাগুম্বনা শংবাম্নবা মচু হাঙ্গৈনৈ) শেংপনা পীতবসননি (নাপু মচুগী কৈজোম সনাফিগে শেংলী) অমস্তুং চিন্দা বংশী থোনবনি।

ব্রজেন্দ্র-নন্দনগা মরি লৈনবা ভাবনা, মরূ ওইনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা ফোংদোবপনি।

১৪। ব্যাস পূজা—ইঙা থাগী (আষাঢ়ী) পূর্ণিমাদা লম্বোইবশিংনা ব্যাস পূজা তৌনৈ; শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা শ্রীবাসকী যুমদা ব্যাস পূজা-তৌই। শ্রীচৈতন্য ভাগবত। মধ্য ৫।" ব্রজগী বলরামনা নবদ্বীপ্তা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতীর্ণ ওই। মকম অসিদা নিত্যানন্দনা ভাব অমদা লুপ্তুনা লৈবা হাঙ্গবদা। নিত্যানন্দনা থেম্নদবা বলরামগী ভাব থম্নদনি। বলরামগী খুংলাইদি মূষলনি; বলরামগী রাধন্দা (ভাবতা) পুক্লিং চংথিবা অমুনা নিত্যানন্দনা মুষল পাঙ্গকন্নিবনি।

তরু সম সহিষ্ণুতা বৈষ্ণব করিবে।
ভৎর্সন—তাড়নে কারে কিছু না বলিবে॥ ২৪

অর্থ :—

বৈষ্ণবতি উপা মাঙনা খাওবা কনগনি।
অতোপ্পনা চৈরকপদা খুমলোইদবনি॥ ২৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীপাদ নিত্যানন্দগী তত্ত্ব কোংদোকে হায়বগীদমক মহাপ্রভুনা "বলরাম ওইনা আসন্দা (কাংথোন্দা) কাখৎলি। শ্রীচৈ.ভা, মধ্য ৫।" লীলা মতৌ অসি ব্যাস পূজা তৌবগী মমাংগী মুমিৎতা শ্রীবাসকী ময়ুমদা তৌখিবনি।

১৫। শচীনা উখি—নোংমা শ্রীশচী মাতাগী মমঙদা কৃষ্ণ অমসুং বলরাম অহুগা চৈতন্য-নিত্যানন্দ মরি অসি নৈবেদ্য মুন্নরম্মী। অহুগা নোংঙাল্লগা মুমিৎথুংবগী চাক চাবদমু মহাপ্রভুগা নিত্যানন্দগা চাক চাবা অহুবু শচী মাতানা কৃষ্ণ বলরাম ওইনা উখি। চৈ.ভা, মধ্য ৮। শ্রীচৈতন্যগা নিত্যানন্দগা অনি অসি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীবলরামগনি হায়না খঙহনবতনি।

লানবিখি—জগাই মাধাইবু লানবিখি।

১৬। নোংমা শ্রীবাসকী য়ুমদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা প্রহর তরেৎচুপ্পা ভাব অমদা লুপ্পুনা লৈখি অমসুং ভক্তশিংগী অনীং-অনীংবা অহুমু থুংহনখি। শ্রীচৈ, ভা, মধ্য ১১।

১৭। ওন্না ভাব—শ্রীকৃষ্ণনা ওক ওইদুনা অবতার তৌখিবা অহুগী ভাব তৌবা (চংবা)। নোংমা মুরারি গুপ্তগী ময়ুমদা প্রভুনা চংলম্মী; গুপ্তনা প্রভুগী চরন্দা খুরুম্মী; অদুদগী প্রভুনা "ওক-ওক" হায়দুনা গুপ্তগী বিষ্ণুগী মন্দিরদা চংখিদুনা মাংদা জল পাত্রদগী ঈশিং চেন্থরকপা অহু উরগা প্রভুনা ওন্না মূর্ত্তি ওইরে। মমাংদৈগী ওন্না অবতারনা তৌখিবগী মতৌগুম্না মহাপ্রভুনা ওল্লিবা ৎক অহুগী মথানা ঈশিংগী পাত্র অহুব থাকহল্লী। শ্রীচৈ: ভা, মধ্য। ৩॥ অহুগা গুপ্তগী ময়ুমদা নারায়ণগী ভাব নীংজিংলদুনা প্রভুনা "গরুড় গরুড়" হায়না কৌরম্মী। মতম অদুদা মুরারী গুপ্তনা 'গরুড়' ওইদুনা প্রভুবু মহোবাদা তোঙহল্লগা জগোই শারম্মী। শ্রীচৈ, ভা, মধ্য ২০।

কাটিলেহ তরু যেন কিছু না বোলয়।
শুকাইয়া মৈলে তবু জল না মাগয়॥ ২৫

অর্থ ঃ—

উ-অসু ককৃথৎলবসু করিসু হাঙৈরক্তে।
কংতুনা শিংদৌরবসু ঈশিং থক্ নিরক্তে॥ ২৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৮। —শুক্লাম্বর-ব্রহ্মচারী নবদ্বীপ্তা লৈবনি ; প্রভুগী ভক্তনি, য়াম্না লাঙৈরৈ, ভিক্ষা নিহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভোগ লাগাইরগা ফংই। নোংমা প্রভুগী কীর্ত্তন্দা ভিক্ষাগী ঝ্রুলি অসু মরেংবান্দা য়াল্লগা জগোই শারম্মী ; মতম অসু-মক্তদা ভক্তবু চানবিবা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মাগী ঝ্রুলিদগী চেং লৌরগা হাখি (চাখি)।

শ্লোক। ৩। অন্বয়নচিংবা আদি-লীলাগী ৭ শুবা মতাংগী শ্লোক ৩ শুবদা য়েংবিয়ু। মতুংগী পয়ার ১৯-২২ দসু শ্লোকী বা মচং ফোংদোকচরি।

১৯। কলি যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা নাম (মিং) ওইনা অবতার তৌই। নামগা (মিংগা) নামীগা (মশাগা) খেন্নদে হাঙৈবসি রাঙাং অসিনা তাকই।

কলিদা নাম ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা জীবশিংবু কৃপা তৌবি, শ্রীনামনা (শ্রীকৃষ্ণী মীংন) কৃপা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানি হাঙৈনা পুক্নিংনা লৌবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অসি শ্রীকৃষ্ণ নামগা লোঙৈনা মাধুর্য্যাসু পুঃনা খোরক্পানি।

শ্রীমন মহাপ্রভুনা অন্তর্ধান (থুপখিবা) ওইপ্রবা মতমদা নামদি অন্তর্ধান ওইদে (থুপতে)। কলিগী জীবগীদমক কৃপা তৌবিহুনা নামদি জগৎ অসিদা লৈহৌই।

নামদগী অসিনচিংবা—শ্রীকৃষ্ণগী নামদা চংজয়গতা (জন্মমধে নাম কীর্ত্তন তৌরগতা) জগতা লৈরিবা জীবশিংনা, সংসারনা পুনবদগী কোকপা জমগনি ; মরম অসিনা বজ্ঞ—ধ্যাননচিংবনা সাধনগী মরমদা করিসু কান্নবা লৈতে। কলি যুগতদি নাম সঙ্কীর্ত্তনদগা মন্ত্র ওই।

এইমত বৈষ্ণব কা'রে কিছু না মাগিব।
অযাচিতবৃত্তি কিম্বা শাক-ফল খাইব॥

অর্থ :—

মতৌ অমুম্না বৈষ্ণবনা কনাদম্ভু নিরোই।
উইহে মাহৈ চাগনি মীওোন্দগী নিরোই॥ ২৬

---

গৌর-কৃপা-টীকা

২০। চেংনবগীদমক—অচেংপগা লোইননা ফোংদোক্কে হাঙ্গবগীদমক। হরে নাম অসিনচিংবা—কলিদা হরিনামতনা গতিনি (উপায়নি), কলিদা অতৈ গতি লৈতে—হাঙ্গবা বা অসি অরেপ্পনি (শোঙ্গত্রবনি) হাঙ্গবা ফোংদোক্কে হাঙ্গবগীদমক হরের্নাম শ্লোক্তা "হরের্নাম"—বাহৈসি অহুম্রক হন্না হন্না হাঙ্গরিবনি। অপঙবা মী খঙনবগীদমক হন্না হন্না ইম্নিবনি {(পুনরেবকার=পুনঃ+এবকার, অমুক হন্না "এব" শব্দের প্রয়োগ উক্ত শ্লোকে)}। মথক্তী শ্লোক্তা হরের্নাম শব্দ অহুম্রক হন্না হাঙ্গরবগী তুংদম্ভু অমুক হন্না "এব" শব্দ শিজিননবি। শ্লোকী অহুম শুরকপা শব্দ "হরের্নামৈব"। হরের্নাম শব্দগা লোঙ্গননা "এব" শব্দগা তিননরগা সন্ধিদা "হরের্নামৈব" ওই, চেংননবগীদমক অহুম্রক হন্না "হরের্নাম" হাঙ্গরবগী তুংদম্ভু অমুকা হন্না "এব" শব্দ করি মরম লৈত্নুনা হাঙ্গরিবনো হাঙ্গনা হংলবদি-মরম অহু হাঙ্গজরি—কনাগুম্বা মী খরনা পঙত্নুনা শাস্ত্র, ধর্ম খঙত্রবদা—হরিনামতনা কলিদা অরেপ্পা, (শোঙ্গত্রবা) শাধম্নি হাঙ্গবহু—অপঙবশিং অহুদা পোংনা খঙহনগে হাঙ্গবগীদমক "এব—শব্দ শিজিন্নরিবনি।"

"এব"—শব্দগী অর্থদি "অরেপ্পা শোঙ্গত্রবা" হাঙ্গবনি, নিশ্চয়াত্মক অব্যয়-শব্দনি।

অরেপ্পা খঙনবা শব্দ শিজিন্নরিবগী মরমদি—লাইরিক-লাইত্ত শাস্ত্র খঙবা মীশিং অহুনা বিচার তৌরগা—তর্কনচিংবা, মরেয়েংপনচিংবা তৌরগা শ্লোক অসিগী অর্থ অমম্ভুং মম্ভুংগী ম্না-মচং পুথোকপা ঙম্মনবনি, অহুনা শাস্ত্র হৈজনবা, বিচার হৈজনবা মীশিংনা মালিনা শোঙ্গত্রবনি হাঙ্গনা খঙবিন্নু,—হরিনাম নত্তনা কলিদা গতি অতৈ লৈতে। হাঙ্গবদি কলিদা কর্ম, যোগ অমম্ভুং জ্ঞান—অহুম অসিনা কারবা অমত্তা লৈতে, হরিনাম খক্তা অথোইবা উপায়নি—মালি-খঙহনগে হাঙ্গবগীদমক 'হরিনাম অহুম্রক হন্না হাঙ্গরিবনি।

সদা নাম লইব যথা লাভেতে সন্তোষ।
এই ত আচার করে ভক্তি ধর্ম্ম-পোষ ॥ ২৭

অর্থ :-

মতম পুম্নমক্তা লৌ'নি নাম.পেনবা হৈগনি।
অসুম তৌরবদি ভক্তি ধর্ম্ম'শি হিংগনি ॥ ২৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

হরের্নাম এব গতিঃ, নাকর্ম্ম ; হরের্নাম এব গতিঃ, ন যোগ ; হরের্নাম এব গতিঃ, ন জ্ঞানম—হরিনামতনা অচেৎপা গতিনি, কর্ম্মনা নত্তে , হরিনামতনা অচেৎপা গতিনি, যোগনা নত্তে ; হরিনামতনা অচেৎপাগতিনি ( হাঙ্গৈবদি শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা পাগৈনি ), জ্ঞাননা নত্তে ; মাসিনা মহুংগী অর্থনি।

"নাম সঙ্কীর্ত্তন কলৌ পরম উপায় ॥ ৩। ২০। ৭॥" কর্ম্ম, যোগ অমসুং জ্ঞানগী (জ্ঞান মার্গ সাধনগী) উপায়না ফংবা ফল (মহৈ) অহু নাম সঙ্কীর্ত্তনতনসু মাদু ফংবা ঙমই।

মী মহাক অতুনা কর্মিগুম্বা মহৈগী (ফল) পায়বসু ( হাঙ্গৈবদি কর্ম্মীশিংনা ) মথোঙ্গী সাধনসু নামসঙ্কীর্ত্তন অসিনি ; মুক্তি পাম্বা ( জ্ঞানমার্গগী সাধনগী ফোল মুক্তিনি ) মীশিংসু নাম সঙ্কীর্ত্তনা সাধনি ; যোগ ওইনীংবা মীশিংসু মথোঙ্গী সাধনসু নাম সঙ্কীর্ত্তন অসিনি।

কর্ম্ম, যোগ অমসুং জ্ঞান মার্গ চংলুক্রবসু মীশিং অতুনা হরিনামতা কীর্ত্তন তৌরগসু মানা মানা নীংজম্বিবহু থুংতি ( ফংই )। কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞানগী ফোল ( মহৈ ) না নাম সঙ্কীর্ত্তনগী মরু ওইবা ফোল ফংবা ঙমদে। নাম সঙ্কীর্ত্তনগী মরু ওইবা ফোলদি শ্রীকৃষ্ণ-প্রেমনি ; নাম অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু খুহমচনবা ঙবগী শক্তি লৈ। হাঙ্গৈবদি নামনা শ্রীকৃষ্ণবু খুহমচনবা ঙমই। মহাভারততা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরমী, "ঋণমেতৎ প্রবৃদ্ধং মে হৃদয়ান্না পসর্পতি। যদ গোবিন্দেতি চুক্রোশ কৃষ্ণা মাং দূরবাসিনম ॥—কৃষ্ণা (দ্রৌপদী) না অরাম্বদগী ঐবু গোবিন্দ, গোবিন্দ হাঙ্গৈনা খোঞ্জেল লাউনা কৌরকপা মতমদা, ঐনা নীংবা অসি দ্রৌপদীদগী লুক্কবা লমন অমা পুশিল্লরে হাঙ্গৈনা নীংঙি, ঐনা মাবু ঐগী থম্মোইদগী লাপথোকহন্দে।" অতুনা দুঃশাসন্না দ্রৌপদীগী ফি মুনবা মতমদা কৃষ্ণনা ফি বাৎহন্দে।

## গৌর-কৃপা-টীকা

আদি পুরাণ্ডা ভগবান্না হাঙ্গী—"হে অর্জ্জুন কনাগুম্বনা ঐগী নাম কীর্ত্তন তৌনা-তৌনা জগোই শাররবদি মাগী মফমদা ঐ অসি য়োম্হোক্লবনি—মাসি য়াশক্তুনা নংঙোন্দা হাঙ্গররবনি।"

নাম্ শব্দগী অর্থ বিচার তৌববস্থ মথক্তা হাঙ্গীম্বিবা অসিন্দনি।

নম ধাতুদা ঘঞ, তপশিল্লগা নাম—শব্দ থোকই। নম্ ধাতুগী অর্থদি কুমথহনবা হাঙ্গবনি। অহু ওইরবদি নাম-শব্দগী অর্থদি কুমথহল্লিবা অহুবু খঙনৈ। কনাবু কুমথহল্লী? নাম শোল্লিবা অহুবু কুমথহল্লী অমস্তুং নামী মশা ভগবানবুস্থ কুমথহল্লী।

নাম শোল্লিবা মীবু কুমথহল্লী—হকচাংদা নপ্তুনা লৈরিবা নাপনগী মশক ওইবা অন্নাংবা চীংদগী পুক্লিংবু, ভক্তিগী তুংনফম ওইবা অনেম্বা, অত্তোনবগী মশক ওইবা লৈবাক্তা কুমথহল্লী। অহুগা ভগবানবু কুমথহল্লী হাঙ্গবনা—মহাকী ধাম লৈফমদগী নাম শোল্লিবা মী অহুগী মফমদা মনাক্তা; কুমথহল্লী; হাঙ্গবদি নামনা ভগবানবু নামশোল্লিবা মী অহুগী খুতুম চলহল্লী, ভগবান মশানা মহাকী ধামদগী কুমথরক্তুনা নাম শোল্লিবা মী অহুগী পেম্মনবা তৌই।

ঋগ বেদদা হাঙ্গরি—নাম অসি জড়বস্তু (মায়াগী সংসারগী মস্থুংচনবা পোৎ) নত্তে, মসি চিদবস্তুনি চৈতন্যরস বিগ্রহনি, অমস্তুং চিদবস্তুনি হাঙ্গদুনা নামীগা মশাগা (শ্রীকৃষ্ণগা) নাম্মনা কোংদোকপ, মশাবু মশানা কোংদোকপা ঙমই; অতোপ্পবুস্থ কোংদোকপা ঙম্মী—য়াথন কত্তবনা, পুকচেন শেংদবনা বুপ্তুনা লৈববা জীবাত্মাস্থ মাগী মশক ওইহন্দুনা কোংদোকপা ঙমই। মৈগী শক্তি খঙত্রবস্থ মৈদবু খুং থিংজিন্নরবদি হেক্তা পোক্লে, মৈ অহনা মাগী শক্তি পুথোকপদা কবিস্থ য়াদে, অহুগুমহুনা নাম অসি চিদবস্তু ওইবনা নামগী মগুণ খঙত্রবস্থ নামদা য়াওরিবা ময়েকশিং অহু হাঙ্গদোরকপদা ভগবত ভক্তি ফংবা ঙম্মী।

নাম না অথোইবা সাধননি, শ্রুতিদগীস্থ খঙবা ঙমই। ভগবানগী নাম কীর্ত্তন তৌবত্তনা মহাক ফংনবগী (শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংনবগী) থ্বাইদগী হেন্না ফবা সাধননি। নামগা নামীগা (মশাগা) খেন্নদে হাঙ্গবসি থাজরবদি ভগবদ্ধামদা চংতুনা ভগবানগী লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংতুনা জীব অহু মতিক চাবা লাইবককথা অমা ওই। অমস্তুং জীব

## গৌর-কৃপা-টীকা

অহুনা মতৌ অতোপ-অতোপ্পা অনীংনা মথৈস্থ ফংবা ওমই। "যো যদ ইচ্ছভিতস্যতং। কঠ। ১। ২১৩॥"

২১। কেবল শব্দ—শ্রোক্তা যাওরিবাকেবলগী অর্থ অরেপ্পা। পুনরপি—অমুকস্থ ; "এব" —শব্দনা অরেপ্পা অমুক খণ্ডহনগ্রবগী মতুংদস্থ অমুক হন্না অবেপ্পহু চেৎলে হাঙবা খণ্ডনবগী মরমদা ইন্নিবনি।

"কেবল মাত্র হরি নামই কলির উপযোগী সাধন।" হরি নামতনা কলিগী মত্তিক চারবা অরেপ্পা ( অচুম্বা ) সাধননি।

২২। হরিনামতনা কলিগী অরপ্পা সাধননি, জ্ঞান—যোগ-তপস্যানচিংবদি কলিগী মত্তিক চাদে ঙ্গা অসি য়ানিংদবা মী অতুদি, মহাশক্তি সংসারগী অপুনবদগী কোক্লীংঙাই উপায় মরৈত্রে ( লৈত্রে )।

নাস্তি-নাস্তি-নাস্তি— হর্বেনাম শোঙা "নাস্ত্যেব অতুমক হন্না হাঙরি ; 'নাস্তি'—শব্দগা 'এব'গা তিন্নরগা "নাস্ত্যেব" ওই অর্থনা—লৈত্রবা তশেংবনি ( "নাই-ই" নিশ্চযই নাই )। "নাস্ত্যেব" শব্দ অতুমক হঃ। হাঙবগী অর্থদি—লৈত্রে, লৈত্রে, মবৈত্রে ( নাই—ই, নাই-ই, নাই-ই ) হাঙবদি হরিনাম নত্তনা কলিদা জ্ঞানযোগ—কর্ম্মনচিংবা অতোপ্পা সাধন অমা লৈত্রে, মীশিং অতুনা গাঙরিংবা রাসিং অসি থাঙ্গত্রবদি মখোঙনীস্থ সংসারগী অপুনবদগী লাম্বোক্লনবা উপায় মবৈত্রে—হ ঙৈবির স শোঙত্রবনি অরেপ্পনি অচেৎপনি হাঙবা খণ্ডহনগে, কোংদোকে হাঙবগীদমক 'নাস্ত্যেব" শব্দ অতুমক হন্না হ ঙৈরিবনি।

২৩। মতৌ করম্না হরিনাম শোন্নগা চবেপ্পা পে ৎশক ফংগদগে হাঙবহু হাঙজরক্লি। মান্ পিথোক্লগা - ইকাইখুম্নবা পীথোক্লগা। নাপীদগী—নাপী হাঙবসি মহোশানা নেমই, লৈবাক্তা নপুনা লৈবনি, মানা কন দস্থ খুত্তম চন্নবা হোংনকদে। তৌইগুম্বঙৎ নাপীদা খোঙনা নেংলুম্নবদি করি করিগুম্বদা খোঙগী মতাই, চিদাং ওন্থনা নাপী মতোন নত্রগা মকোক ছাইগংলকপা য়াওই ; অদুম্না করিগুম্বা মী অতুনা মবোক হাইগংলক্লবদি নাপী শাম্মীহেন্না অমেম্বা, অতোমবা কোংদোকপা অতুগুম্বা ওইদ্রে। মী অতুগী মশাদা কনাগুম্বনা খোঙনা শোকত্রবস্থ, খীম্না চৈন্নবস্থ, কুপে তৌম্নবস্থ, পূম্নমক অসি-থাঙহনা তুমিন্না

## গৌর-কৃপা-টীকা

লৈগদবনি, নাপীগী মতৌগুম্না কোক হাইগৎলুবা য়াদে ; হম্না পুম্বা য়াদে ; মীনা মীয়্না উশিত্তনা তৌরকপতুগী মমন, কোমাশিংগনি হাইনা নীংবা য়াদে ; মমন পুমনমক হাইনা খনৎবা কাওবা য়াদে খয়োইদবনি। করিগুম্বা অমাবা অমতা পুক্নিংদা ফুংহনা খয়োইদবনি। পূরনক অসি ওইবা ভমজনগা নাপীদগী হেন্না তোনবা হাইবত্থ ওইয়ে। পূরনক অসি ভমত্রবদি নাম শোনবদা চপ-চাবা কোম (মহে) ফংবদা য়াগনি।

অমরোমদনা—নাপী হাইবসি করিম্থ লৈতবা পোৎনি ; অতুম্নদি ওইরগা নাপীনা মশগী সেবা ফংজরগা মুংওাইজে। য়ুম শাবা মতমদস্থ নাপীনা য়ুমগী পোৎচংগী মচাক ওইনৈ; অদুনা নাপীদগী কান্নবা ফংই। নাপীনা ভগবৎ-সেবাম্থ তৌনরি। তৌইগুবনুং ঐদি কনাগীম্থ কান্নবা তৌত্রি, ভগবৎ-সেবাম্থ তৌত্রি, মরম অসিনা ঐদি নাপীদগীম্থ হেন্না তোল্লী, ঐগুম্না তোনবা মী কনাম্থ লৈতে—অসিনচিংবা খন্দুনা সাধক মশানা নাপীদগী হেন্না তোল্লী হাইনা মপুক্নিংদা খনগনি।

নাপন থাদোকপা—সাধন তৌরিবা মীনা করিগুম্বা মতমদা নাপন তৌরোইদবনি, কৈদৌউভেদস্থ কনাগুম্বগী মকমদগী সম্মান (ইকাইখুম্নবা) ফংগনি হাইনা আশা তৌরোইদবনি ; মী খুাইনা য়াম্না তোল্লবনি হাইনা খনবা মীওং অদুদা সম্মান তৌগনি। (জীবে সম্মান দিবে জানি কৃষ্ণের অধিষ্ঠান)। ৩।২০।২০।

২৪—২৬। উ-গী মতৌগুম্না থাওবা কনবা হাইবসি বৈষ্ণবকী লমচৎনি। মী করানা উদা কাহুনা মশা য়াম্থৎলি, উৎপাত কয়া তৌই, তৌইগুবনুং উনা কনাদম্থ করিম্থ হাইক্রবা লৈতে ; ইয়া-য়াদবা শাতুদা থাওহুনা লৈ। মী ওইবনা উ-গী মহৈম্থ (কনাম্থ) চাথোকপি, মকমদস্থ মুংওাইবা লৌই, অদুবু উ-না করিম্থ হাইমক্তে।

বৈষ্ণবশিংস্থ মতৌ অদুম্না তৌকম থোকই। মীনা থীয়্না হাইরবস্থ, রেয়বস্থ, তৌথিজনা থত্তদম্না উৎলবস্থ করিম্থ হাইতোই, মাইথোং মকাম্নয়্না থাজন্না লৈগদবনি।

তথাহি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যচন্দ্রেনোক্তং পদ্যম।
তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥ ৪

## গৌর-কৃপা টীকা

হরিদাস ঠাকুরবু কৈখেন ২২ কুম্নিথোইদা চিংহনা ফুখি, তৌইগুম্বসুং মহাত্মা কনাগী মফমদা নুংঙাইতবা ফোংদোকখিবগে, অহোইনহুম মখোঙ্গী মঙ্কগীদমক য়াইফনবগী দমক ভগবানগী মফমদা প্রার্থনা তৌবিখি।

কংশিল্লক্কুনা শিগদোরবা উ-না কংশিল্লক্কুনা শিগদোরবা ফাওবা কনাদসু ঈশিং নিরুদে, অদুগুম্না বৈষ্ণবশিংসু কনাদগীসু কান্নগুম্বা অমত নিয়োইদবনি। নিরুদনা কনাগুম্বনা চানবিহুনা পীবিবা পেৎ খরা অহুনা, নাম শোন্‌বগী পাঙ্গম ৎইনবা তৌবা অমা অমসুং উহৈ য়াহৈ চাহুনা পুন্সি লেন্‌গনি।

২৭। মতম পূম্নম া নাম লৌগনি অসিনচিংবা —মতম পূম্নমক্তা হরিনাম শোনগনি ; কৈদৌঙৈদসু অয়েন্দা মতম মাঙহল্লোই। অফংবা খরা চাহুনা পুন্সি লেনগনি ; চাননবা অমসুং শেংননবা ফংদ্রগা পুক্কিংদা নুংঙাইতবা পোকহল্লোইদবনি। নাম তসিদা পোংথাদনা শোল্লগা নাপীদগী হেন তোনবগী ভাবসু লাকই ; উ গী মতৌংম্না থাওবা কম্নীংবগী ভাবসু লাকই। পূম্নমসি লাক্লবদি হরিনামনা কৃপা তৌবিবে হাইন নীংগনি তমসুং প্রেমসু ইশোঙ্গী-শোঙ্গীদনা ফংলগনি।

শ্লো। ৪। অন্বয়। তৃণাদপি (নাপীদগীসু) সুনীচেন (হেন্না তোম্বনা) তবোরিব (উ-গুম্না) সহিষ্ণুনা (থাওবা কনা) অমানিনা (ইকাই খুম্নবা পাংজদবা) মানদেন (অতোপ্পা মীদা ইকাই খুম্নবা উংতুনা) [জনেন] (মী অহুনা) হরিঃ (শ্রীহরিনাম) সদা (মতম লৈবখিবিদা) কীর্ত্তনীয়ঃ (কীর্ত্তন তৌগনি—ইশৈ শকনি, জপ তৌগনি)।

অনুবাদ। নাপীদগীসু হেন্না তোম্বনা উ-গী মতৌগুম্না থাওবা কম্না, ইশাগী ইকাই খুম্নবা ফংননবগী য়াথল থাদোক্কুনা অমসুং অতোপ্পা মী পূম্নমকী মফমদা ইকাই খুম্নবা উংতুনা মতম লৈবা খিবিক্তা হরি-কীর্ত্তন তৌগনি। ৪।

উর্দ্ধবাহু করি কহি শুন সর্ব্বলোক।
নামসূত্রে গাঁথি পর কণ্ঠে এই শ্লোক॥২৮

অর্থ :—

খুৎ থাঙৎতুনা হাঈজরি মী খ্বাইমক তাবিয়ু।
শ্লোক'শি নামগী লংদা লেংহুনা ওক্তা শিবিয়ু।। ২৮

---

## গৌর-কৃপা টীকা

মথক্কী পয়ার ২৩-২৭ তা শ্লোক অসিগী বা মচং ফোংদোকচথরে। মতৌ করম তৌনা শ্রীহরিনাম শোল্লগা কৃষ্ণ প্রেম ফংবা ঙমগদগে হাঈবা অহুগী পাওতাক ওইনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা "তৃণাদপি"—শ্লোক অসি উৎলগনি

২৮। খুৎ থাঙতুনা—খুৎ অনি থাঙৎতুনা। মীনা থম্ন ফমহুনা লেরবা মকম অমদা কবিগুম্বা বা অমা ঙাংনাতাববদি মা অযাম্বনা খুৎ থাঙৎতুনা খোঞ্জেল রাংনা লাউনা ঙাংনৈ; খুৎ থাঙৎপহু উবগা বা ও লিবা মী অতুগী মাহৈকারামদা ময়ামগী পুক্নিং চিংসিল্লী অমসুং খোঞ্জেল লাউনা ঙাংলগা অরাম্বদা / রিবা অতোপ্পা ব্বারী শাহুনা লেরিবা মীশিং অহু কাওবা তাবা ফংডি। গ্রন্থকাব ( লাইরিক ৮েংলিবা ) কবিবাজ গোস্বামীনা তৃণাদপি শ্লোক্কী মকমদা মী পুম্নমক্কী পুক্নিং চিংসিন্নীংহুনা মী পুম্নমকপু কৌহুনা লাউনা হাঈরি— "ঐনা হাঈজবিবসি মী পুম্নমক পুক্নিং চংনা তাবি।, তৃণাদপি শ্লোকা নামনা লং ওইহুনা লিক্কী মতৌগুম্না লেংলগা মা পুম্নমক্না খৌরিদা শিবিয়ু। হাঈবদি নাপীদগী হেন্না তোনবা ওইহুনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীহরিনাম কীর্ত্তন তৌবিয়ু"

নামগী লংদা—হবিনামগী মশক ওইবা লংনা, শ্রীহবিনাম কীর্ত্তননা লং ওইহুনা। লিক্কী মতৌগুম্ন খৌরিদা শিন্নু। লিক শিবগা হকচাংগী ফজবা হেনগৎলী অসিগুমহুনা নামগী মশক ওইবা লংনা 'তৃণাদপি' শ্লোক :- সিবু লেংহুনা খৌরিদা শিরগনু নাম লৌরিবা মীশিংগী ফজবা ম্বান্না হেনগৎলী। লিক মক বয়ামুক অমতা ওইনা লেংহুনা শিবা ত ববদি লং চংদবা য়াদে; তৃণাদপি শ্লোক অসি লিক্কী মতৌগুম্না শিবা অাববদি লং চংদবা য়াত্রে, নাম কীর্ত্তননা হাঈরিবা লং অহু ওইবা তারে তৃণাদপি শ্লোক্তা পোৎশক মরি উৎলি (১) নাপীদগী হেন্না তোন্বা (২) উগী মতৌগুম্না খাঙবা কনবা (৩) ইশাগী সম্মান, নাপন থাদোকপা (৪) অতোপ্পা জীবশিংগী মফমদা সম্মান ( ইকাই

প্রভুর আজ্ঞায় কর এই শ্লোক আচরণ।
অবশ্য পাইবে তবে শ্রীকৃষ্ণচরণ ॥ ২৯

অর্থ :-

প্রভুগী য়াথংদগী শ্লোক অসি লৌবিগনি।
শোইদনা শ্রীকৃষ্ণচরণ ফুংঙাইনা ফংগনি ।। ২৯

---

গৌর-কৃপা-টীকা

থুম্নবা) উংপা পোৎ মহি অসি তৃণাদপি শ্লোকী তোঙান্ তোঙান্বা লিক্ মরু মরিনি হাঙ্গৈনা পুক্লিংনা নীংবা যাই ; নাম কীর্ত্তনগী মশক ওইনা লংনা পোৎশক মরি অসিবু অমতা ওইনা লেংসিল্লগা লিক-পবেং মপুং ফাবা অমা ওইহল্লগা নাম লৌরিবা মীগী মঙক্লা লৈতেংগী মশক ওইনা শিবা য়াবে। পযার অসিদা অস্সম হাঙ্গৈনা ভাব লৌবা তারে। লংগী মতেংদগী তোংঙাম্না লৈবা লিকশিং অদু অমতা ওইনা লেংসিন্বা যাই ; অদুগুমদুনা নাম কীর্ত্তনগী পাম্বৈনা তৃণাদপিনচিংবা পোৎশক মরি তোঙান লৈরিবসি পুনসিন্দুনা মফম অমদা থম্নগা নাম লৌরিবা মী অদুগী ফজবা হেনগৎলি।

হাঙ্গৈরিবা অসিনা খণ্ডনবিবাদ পুক্লিং চংনা থরাই য়াওনা নাম কীর্ত্তন তৌগনি হাঙ্গৈবনি : অদু ওইরবদি কীর্ত্তনগী গুণনা নাম কীর্ত্তন তৌরিবা মী অদুদা চংদুনা— তৃণাদপিনচিংবা পোৎশক মরিনা কৃষ্ণ-প্রেম ফংনবগী মতিক চাবা গুণ মবিদু নাম লৌরিবা মীগী থম্মোইদা ফোংদোরক্কনি ; মতম অদুদা মী অদুগী থম্মোইদা অমোংপা (হাঙ্গৈবদি ফওবা বাখন) লৈবগদু পোকখ্রগনি। পুক্লিং শেংলবনিনা নাম লৌরিবা মী মী অদুগী ফজবা হেনগৎলগনি।

২৯। প্রভুগী য়াথংদগী—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াথংদগী (অন্ত্যলীলাগী ২০ শুবা মতাংদা) শিক্ষাষ্টকতা য়াওরিবা তৃণাদপি শ্লোকী মর্ম্ম (রামচং) গী মতুংইন্না কীর্ত্তন তৌনবগীদমক য়াথং পীনরম্মী ; মশাগক্লা হাঙ্গৈবিরম্মী ; মতৌ অমুন্না কীর্ত্তন তৌরবদি কৃষ্ণ প্রেম ফংই।

শোঈদনা ফংগনি—তৃণাদপি সুণীচ নাপীদগী হেন্না তোন্থনা য়ম্না নোম্লক্লা কীর্ত্তন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা শোঈদনা ফংগনি ; -মাসিদা বরিগুম্বা অমতা চিংনবা

তবে প্রভু শ্রীবাসের গৃহে নিরন্তর।
রাত্রে সঙ্কীর্ত্তন কৈল এক সংবৎসর॥ ৩০
কবাট দিয়া কীর্ত্তন করে পরম আবেশে।
পাষণ্ডী হাসিতে আইসে না পায় প্রবেশে॥ ৩১

অর্থ:—

প্রভুনা শ্রীবাসকী য়ুমদা ইলেপ-লেপ্তনা।
অহিংদা সংকীর্ত্তন তৌই চহি অমা চুপ্পা॥ ৩০
থোঙ থিংজিন্দুনা কীর্ত্তন তৌই পুক্নিং চঙনা।
নোক্নবা লাকপদা চংবা ঙমদে পাষণ্ডীনা॥ ৩১

## গৌর-কৃপা টীকা

নৈত্রবনি: মরমদি—শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ওইনা শ্রীকৃষ্ণ মশাগক্না তাকপিরম্লবনি, মতৌ অম্মুম্না নাম কীর্ত্তন তৌরগা কৃষ্ণ প্রেম ফংহৃি অমসুং কৃষ্ণ প্রেম ফংলবদি শ্রীকৃষ্ণ--সেবা ফংঙি। সেবা ফংলবদি চরণ ফংবা কৌরে। কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা সংসারগী মায়ানা পুন্দুনা অরাবা তাদুনা নৈরবা মীশিংবু মুংশিবিদুনা অরাবদগী কোকহল্লীংদুনা, শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াথং অসি খাই তাননবা লাউদুনা হাঈবিরম্মী।

৩০। পয়ার ১৮ গা ৩০ গা লরি নৈনৈ। য়ুমদা-- মাঙোন্দা লেপ্তনা—পোৎথাদনা, নোংমা মিনি লেপ্তবা, নিত্তিগী। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত মহাকাব্যদগী খণ্ডবা ঙমই, পয়াদগী লেঙলক্লবা মতুং (১৪৩০ শকী) রাকচীং থাগী অহানবা শরুক্তগী মহাপ্রভুগী কীর্ত্তন রস কোঙদোকপা হৌই (৪/৭৬)। লম্বোইরগে হাঈবগীদমক প্রভুনা ময়ুম থাদোক্লমদাই কাওবা অহিং খুদিংগী মরক্তা শুপলেপ লেপ্তনা কীর্ত্তন তৌরম্মী। ১৪৩১ শকী রাকচীং সংক্রান্তিদা প্রভুনা সন্ন্যাস ওই (লম্বোই)। মরম অসিনা থা তরানিথোইদগী মুম্নিং খরা হেয়া চাওরাক্লা চহি অমগী মতম চুপ্পা শ্রীবাসকী মাঙোন্দা কীর্ত্তন মিন্না লিংখৎলম্মী।

৩১। শ্রীবাসকী মাঙোন্দা নিত্তিগী অহিংদা কীর্ত্তন তৌই। অসিদসু নত্তনা রাজ-পথদসু শোরোক লমজাওদসু কীর্ত্তন শম্দোকই।

কীর্ত্তন শুনি বাহিরে তারা জ্বলিপুড়ি মরে।
শ্রীবাসেরে দুঃখ দিতে নানা যুক্তি করে॥ ৩২

অর্থ :—

কীর্ত্তন তা-রগা মখোযনা চাক্লুনা শিদোই।
শ্রীবাসপু' য়াবা পীননা য়াথন য়াম্না তৌই।। ৩২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

নবদ্বীপ্তা মী অযাম্বনা কীর্ত্তন তৌবা অনি থিংনম্মী, কীর্ত্তন তৌরিবা মীবু নোক্কে; কীর্ত্তন লেপ্পবগী তৌদনবগীদমক মন্নুংদা য়া যাম্ন' তাম্নে। মহাপ্রভুনা পুম্নমক্সি খণ্ডলবস্ত্র করি থৌশাবিদে। অহোইনদুনা পামদ্রিবা মাশিং অদু পাম্নবগীদমক কাংবু শেমদুনা কীর্ত্তন তৌদুনা পামদ্রিবসিং অদুবু পাম্নবা হোংদে। মহাপ্রভুগী ভাবতি য়াথনদি মপানগী মীশিং অদুবু মাগী মন্নুংগী মী ওইননা হোংনবা অসনি শ্রীবাসগী মাঙ্গোন্দা কীর্ত্তন তৌরিবগী মরমদি—মন্নুংগী মীওংব ভক্তপু চেনা না শাথবগীদমক পঙ্গুনা কীর্ত্তন তৌই। মপানগী মীবু চংহন্দে। চংহন্দিবাস মপানগী মাশিং অদুবু কিদুনা তৌবা নংত্তে মখোঙ্গ চংলক্লগা ভাওসিন্নদুনা লাওলগা কীর্ত্তন পুরি চংবা যাবোই হাঙ্গদুনা চংহন্দবনি, অতোপ্পা য়াথল অমনা মপানগী মী চংহল্লগা কীর্ত্তন তৌবব মাশিং অদুদা মখোইনা উশিত্তদুনা ফাগি-ফারাং তৌরবদি মপানগী মীশিং অদুনা য়ম্না চাওরবা দোষ অপরাধ অদুদগী মখোঙ্গবু কনবিগে হাঙ্গদুনা চংহন্দবনি।

মরম অদুনা ভক্তশিংনা যৈথাট-থিনগাদবা নৈদুনা কীর্ত্তন রস চুপ্পা শাননবগীদমক শ্রীবাসকী কোম্থোং (হোজং) থিংজিল্লিবনি।

৩২। পাষণ্ডীশিংনা মপান্দা লৈনগা মন্নুংগী কীর্ত্তন তারগা—করিগুম্বা অমতা যৈথাম্নবা থুগাইবা ওমদ্রে হায়না খন্নদুনা নানা যুক্তি অদু চক্রুন শিদোই (শাওনিংননা হাঙ্গনিঙ্গাই লৈখিদ্রে)। মযৈথংদা শ্রীবাসপু অয়াবা তাননবগীদমক মথল-মথা অয়াম্বা য়া ভাম্নবা হৌরক্লে।

একাদিন বিপ্র—নাম গোপাল চাপাল।
পাষণ্ডী—প্রধান সেই দুর্ম্মুখ বাচাল॥ ৩৩
ভবানী পূজার সব সামগ্রী লইয়া।
রাত্রে শ্রীবাসের দ্বারে স্থান লেপাইয়া॥ ৩৪
কলার পাত উপরে থুইল ওড়ফুল।
হরিদ্রা সিন্দুর আর রক্তচন্দন তণ্ডুল॥ ৩৫
মদ্যভাণ্ড পাশে ধরি নিজঘর গেলা।
প্রাতঃকালে শ্রীনিবাস তাহা ত দেখিলা॥ ৩৬

অর্থ :—

নোংমা ব্রাহ্মণ অমা মমিং গোপাল চাপাল কৌবা।
পাপী মকোক্ চীন থীবদা হাঙনিংঙাই লৈত্তবা॥ ৩৩
ভবানী পূজাগী পোৎলম পুরক্লুনা মানা।
অহিংদা শ্রীবাসকী কোস্থোংদা ব্রাই তৈথোক্লুনা॥ ৩৪
লাতোন অমগী মথক্তা লৈ অঙাংবা থম্লে।
য়াইঙং সিন্দুর রক্তচন্দন চেং খরগা থম্লে॥ ৩৫
য়ু চফু য়াওনা থম্লগা ময়ুমদা চংখরে।
অয়ুক্তা শ্রীবাসনা মাত্থু পূম্নমক থেংনরে॥ ৩৬

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩৩-৩৬। পাষণ্ডীশিংনা ব্রা তাম্নরগা করম্না অহিং অমদা শ্রীবাসকী হোজংদা য়ু চফু থনম্লগে হাঙবত্থু উচ্চরি।

গোপাল-চাপাল—নবদ্বীপ্তা লৈবা ব্রাহ্মণ অমনি, মাগী মমিংদি গোপাল কৌবনি। মহৈদা য়াম্না নাপন্ তৌই হাঙহুনা মাবু চাপাল হাঙনৈ। অত্থুদগী থ্বাইনা মাবু গোপাল-চাপাল হাঙনা খঙনখ্রে। কীর্ত্তন খিংনবা হোৎনবা পাষণ্ডীশিংগী মরুংদা য়াবা মকোক্নি। চীন-থীবা-ব্রাহে অথীবা ভাঙগনবা, লৈ অঙাংবা ওড় ফুল; জুবাকুসুম মানবা শাংকাইবা লৈত্তবা অঙাংবা লৈজাং অমা। জুবা ফুল মকনি হাঙনা লৌবা য়াদে। হুকচাংগী ঈ মচু মানবা লৈ অসি কৃষ্ণ সেবাদা হাপ্পদে। শ্রীনিবাস—শ্রীবাস।

## গৌর-কৃপা-টীকা

শিবগী মুপী ভবানীদি পরমা বৈষ্ণবীনি; মাগী পূজা তৌবা মতমদা যু য়াওবা তৌহৈদে; য়াওরবদি দোষগী মশক্তি। গোপাল-চাপাল পাষণ্ডীনা যু চম্ফু য়াওনা পূজাগী মপোৎ থনম্মী।

ভবানী শব্দ অসিনা শিবগী নুপীবু খঙনববদ মফম অসিদদি লাইরিক লেংঙিবা গোস্বামীনা শিবগী মুপী ওইনা লৌবমত্রে; মতুংগী পংার ৩৮ দা শ্রীবাসনা অচৌ—অচৌবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংগী মমাংদা নোক্ত-নোক্না ভবানী পূজা আহুংদা নিতি তৌই এনা। এগীগুণ অসি যে বিগু ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংনা” হাঙনা ব্রাহ্মণশিংগী মমাংদা হাঙরম্বনা ভবানীগী পূজা অসি যাম্না তুক্কচবা থৌওং অমনি হাঙবসি শেংনা তাক্লে। জগৎকী মমা ওইরিবা ভগবতীগী (ভবানীগী) পূজাগী মবমদা কনানম্ব তুক্কচবগী ভাব থম্নদে। চন্দ্রশেখর আচার্য্যগী যুমদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা জগৎ জননীগী ভাব লাকুনা ভক্তশিংবু, মমানি হায়না নীংহল্লী অমসুং প্রভু মশামক্না জননী ওংহুনা ভক্তশিংবু থোম ইল্লম্মী।

অসুম ওইবা জগৎ জননীগী পূজাবু কনানা তুক্কচগদগে? মরম অসিনা কবিরাজ গোস্বামীনা হাইরম্মীবা ভবানী পূজা অসি থাঙশেংবা শিবগী মুপীবু নত্তে। অতৈ অতোপ্পা যুনা মাবু পূজা তৌনবা ভবানী মখল অমনি। যুনা থম্না যাওরবা চম্ফুদা পাষণ্ডগী ভবানী অসি লৈবা তাই। মরম অমুনা ভবানী পূজা হাঙবদি যুগী পূজা হায়বনি। যু নত্তনা অতৈ কনানম্ব পূজা তৌনদে। থৌওং অসিদগী মসিবু নৈবাকমচা তাবা মীশিংগী মফমদদি তুক্কচবা থৌরম অমা ওইরম্মী।

অহিংদা গোপাল-চাপালনা শ্রীবাসকী হোজংদা (কোম্থোংদা হোজংনা থংনবদি উপাকথোঙ পান্দুদা থিংনবনা মথুংদা লৈবা মীবু মপানগী মীনা উদ। কোম্থোংনা খঙনননা রানা ওইরবসু য়োং ওইরংসু শাবনা মমুংদ লৈবা মীবু মপান্দা লৈবা মীনা উবা ফংই অসি খেম্নে। লৈবাক্তা রাই থবা তথোক্লগা লাতোন অমা থারগা মাতুগী মথক্তা লৈ অঙাংবা (জুবা যুলগী মতৌ হাইফেৎ মানবা অপোম্বা-শাংতবা লৈ জাৎ অমা) যাইঙং, শিন্দুর, রক্তচন্দন অমসুং চেং অসিনচিংবা পোৎলম ভবানী পূজাগীদমক থনম্মী অমসুং মহুগা লোইননা যু-চম্ফু অমসু থনম্নগা মথুংদা চংখি। অহিং অতুদদি পোৎশিং অতু কনাসু উদে, নোংজাম্নগা হোজং হাংদোকুনা মপান থোক্লকপদা শ্রীবাসনা পূম্নমক অত্থ উবা ফংখি।

বড়বড় লোক সব আনিল ডাকিয়া।
সভাবে কহে শ্রীবাস হাসিয়া হাসিয়া॥ ৩৭
নিত্য রাত্রে করি আমি ভবানী পূজন।
আমার মহিমা দেখ ব্রাহ্মণ-সজ্জন॥ ৩৮
তবে সব শিষ্ট লোক করে হাহাকার।
ঐছে কর্ম্ম এথা কৈল কোন দুরাচার?॥ ৩৯
'হাড়ি' আনাইয়া সব দূর করাইল।
জল গোময় দিয়া সেই স্থান লেপাইল॥ ৪০

অর্থ : -

অচৌ অচৌবা মীমযাম পুবরক্লে কৌহুনা।
শ্রীবাসনা থাই পূন্নমক্তা হাঙ্গই নোক্না নোক্না।। ৩৭
ভবানী পূজা অহিংদা নিত্তি তৌই ঐনা।
ঐগী গুণ অসি য়েংবিয়ু ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংনা।। ৩৮
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমক্না হাঙ্গৈ মাঙলেদনা।
কত্তুবা পৰক্ত্রি সিদ চৌবিবা কনানা?।। ৩৯
হাড়ি কৌকহনা লপ্পা ওয়া পুথোকহল্লে।
ঈশিংদা শক্তি হুপ্পুনা মফম তৌথোকহল্লে।। ৪০

---

গৌর কৃপা টীকা

পাষণ্ডি অসিনা তৌবম্লীবা অসিগী মরুগী মাগী ভাবতি করিনো হাইবদা - শ্রীবাসত : নত্তনা মাগ তিম্নরিনা মীমথৈমু অহিং পূজা দ নৈবেদ্যগা লোইননা যুক্ত থকই হায়বসি প্রমাণ ওইনবা নবদ্বীপকী মী অযাম্বনা নোক্ন ফগে হ ঈবগী র থম্মি অদুগা লোন্না কীর্ত্তন তৌরিবা মী ময়ামস্তু যু খোং-খোৎপা মক্কম শ'ন হা নানা মী ননবনি। থক্সগা ময়াই কাহ্নুনা কাতন তৌই হাঙ্গবসি মা খওহনীংহনা থোং থি জিন্দুনা মা চৎবা ওমদনবা থৌরাং তৌরিবনি। অস্থুম হাঙ্গনা গোপাল-চাপাল নীংখি।

৩৯—৪০। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমক্না - লৈকাইগী ইকাইখুম্নরবা মী পূন্নমক্না। হাড়ি-অমাংবা শেংবা মীবু হাড়ি কৌই। গোপাল-চাপালমা অহিংদা থনম্না পোংশিং অতুদা

তিন দিন বই সেই গোপাল-চাপাল।
সর্ব্বাঙ্গে হইল কুষ্ঠ-বহে রক্তধার॥ 8১
সর্ব্বাঙ্গে বেড়িল কীটে-কাটে নিরন্তর।
অসহ্য বেদনা দুঃখে জ্বলয়ে অন্তর॥ 8২
গঙ্গাঘাটে বৃক্ষতলে রহে ত বসিয়া।
এক দিন বোলে কিছু প্রভুরে দেখিয়া॥ 8৩
গ্রাম-সম্বন্ধে আমি তোমার মাতুল।
ভাসিনা। মুঞি কুষ্ঠব্যাধ্যে হইয়াছোঁ ব্যাকুল॥ 88
লোক সব উদ্ধারিতে তোমার অবতার।
মুঞি বড় দুঃখী, মোরে করহ উদ্ধার॥8৫

অর্থ :—

সুনিং হুমনিগী মতুংদা চীনখীবা গোপালদো।
মশা পুম্বা 'ঈ'-চেন্থবক্লে লাইথুং থুংলেদো।। 8১
মশা পুম্বা চিক্লে তৌম্না শহাওবা লৈতনা।
নাবনা খাঙবা ঙমদবে মন্নুংদা চাকপনা।। 8২
গঙ্গা মপান্দা উখাদা লৈরব্রে ফাম্ভুনা।
নোংমা ব্রা খবা হঙ্গৎলে প্রভুব্রু উহুনা।। 8৩
লৈপাইগী মরীদা ঐসি মাতুল থোনাই নংগী।
মচা খিল্লাইথং থুংলিসি পুক্লিং ব্রারে ঐগী।। 88
মী পুম্নমক লানবিবা অবতারনি নংনা।
ঐ য়ম্না ব্রারে লানবিয়ু খোজাল হৈবা নংনা।। 8৫

গৌর-কৃপা টীকা

য়ু য়া'ব্রমত্রবদি শ্রীবাসনা কনাবুস্ন খঙহল্লুনা লৈতনা তুমিংনা মতে মতনা লৌশোক্কদবনি। য়ু য়াওম্বা অছুদা লৈকাইগী মী তাক্লুবিবনি।

8১ – 8২। গোপাল-চাপাল কৌবা মহুক শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তদা নত্তনা লমচৎ চংলুবগীদমক য়াম্না থুনা মুমিং হুমনিগী মতুংদা লাইথুং থুংহনা মশা অপুন্না হম্না লোক-

এত শুনি মহাপ্রভু হৈলা ক্রোধ মন।
ক্রোধাবেশে কহে তারে গর্জ্জন বচন॥ ৪৬
আরে পাপী ভক্তদ্বেষী তারে না উদ্ধারিমু।
কোটিজন্ম এই মত কীড়ায় খাওয়াইমু॥ ৪৭
শ্রীবাসে করাইলি তুই ভবানী পূজন।
কোটিজন্ম হবে তোর রৌরবে পতন॥ ৪৮
পাষণ্ডী সংহারিতে মোর এই অবতার।
পাষণ্ডী সংহারি ভক্তি করিমু প্রচার॥ ৪৯
এত বলি গেলা প্রভু করিতে গঙ্গাস্নান।
সেই পাপী দুঃখ ভোগে, না যায় পরাণ॥ ৫০

অর্থ :—

পুক্লিংদা শাওরক্লে অসি তাবদা প্রভুনা।
শাওদুনা হাঙ্গিরে মাঙোন্দা কিহনবা ৱাহৈনা॥ ৪৬
হে পাপী ভক্ত যেক্নবা খনগদ্রু লান্‌বিগনি।
মপোক কোটিদা অদুম্না তীন্না চিক্‌হনগনি॥ ৪৭
ভবানী পূজা মাপহনবা শ্রীবাসপু নংনা।
মপোক কোটিরক্ নোরোক্তা তারগনি নংনা॥ ৪৮
পাষণ্ডীবু মাঙহন্নবগী অবতার অই ঐনা।
পাষণ্ডীবু মাঙহল্লগা শন্দোক্‌ই ভক্তি ঐনা॥ ৪৯
অসি হাঙ্গিরম্লগা প্রভু গঙ্গাদা লেঙথরে।
পাপী অদু শিদদুনা যায়া ৱানা লৈরে॥ ৫০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

লোক চংদুনা মনুং-মপান ফাওনা চাকপনা লৈকম খঙদদুনা গঙ্গা মপান্দা উখোং অমগী মথাদা লৈরয়ে।

৪৬। মচাদা মপানা মুশিং হাঙ্গিবসি মহে।শানি, অসিগুমদুনা মহাপ্রভুনা গোপাল-চাপালবু মুংশি। মরম অদুনা প্রভুনা গোপালদা শাওবনি। শাওবা অসি মুংশিবা

সন্ন্যাস করি প্রভু যদি নীলাচলে গেলা।
তথা হইতে যবে কুলিয়াগ্রামেতে আইলা ॥ ৫১
তবে সেই পাপা লইল প্রভুর শরণ।
হিতোপদেশ কৈল প্রভু হঞা সকরুণ ॥ ৫২
শ্রীবাসপণ্ডিতস্থানে হইয়াছে অপরাধ।
তাহাঁ যাহ, তেঁহ যদি করেন প্রসাদ ॥ ৫৩
তবে তোর হবে এই পাপবিমোচন।
যদি পুনঃ ঐছে নাহি কর আচরণ ॥ ৫৪

অর্থ :—

প্রভু ক্ষেত্রদা লেঙখয়ে লম্বোইরবা তুংদা।
লেঙলক্লে মফম'তুদগী কুলিয়া গ্রামদা ॥ ৫১
অদুদগী পাপী অদু প্রভুদা চংজবে।
প্রভুনা চানবিরদুনা পাওতাক পীনবিরে ॥ ৫২
শ্রীবাস পণ্ডিতকী মফমদা নংনা লাল্লবনি।
অদুনা মাঙোন্দা চৎলু মানা চানবিগনি ॥ ৫৩
অদুম তৌরগা পাপ অদু কোকনি শোঙ্গদনা।
অদুগুম্বা লমচৎ অমুক তৌরগনু হন্না ॥ ৫৪

## গৌর-কৃপা-টীকা

ফোংদোকপনি। থাঙ্গশংবা শাওনা নত্তা মচাগী মঙ্গল ওইনবা হৎনবদা মপানা অশাওবা ফোংদোকই। অদুগুমদুনা প্রভুনা মতুংদদি শ্রীবাসনা পান্বে ওইদুনা গোপ লবু চানবিখি।

৫১—৫২। সন্ন্যাস তৌদ্রিঙৈদা প্রভুনা গোপালবু চানবিদ। সন্ন্যাস তৌরবগী মতুংদা নীলাচলনা চংলী, নীলচলদগী বৃন্দাবন চংকে হাঙ্গদুনা খোবকপদা লাঙৌদা শচীমাতা অমসুং জাহ্নবী দর্শণ তৌনিংদুনা প্রভুনা গৌড়দেশমদা চংলক্লম্মী, মতম অদুদা গঙ্গাগী মপান্দা নবদ্বীপ লৈবা অদুগী ওন্না লৈবা গঙ্গাগী পাংমদা কুলিয়াগ্রাম লৈরম্মী। কুলিয়াগ্রামদা গোপাল-চাপালনা মহাপ্রভুদা চংজরম্মী। মাদুদা প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা মাবু লানমনবা উপায় তাকপীরম্মী। কুলিয়া-নবদ্বীপকী মমাংদা গঙ্গাগী পাংমদা কুলিয়া গ্রাম লৈরম্মী; হৌজিক্তি মাদু গঙ্গাগী গর্ভদা লুপখ্রে।

৫৩-৫৪। প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা গোপাল-চাপালবু তাকপিরম্বদি :—শ্রীবাস পণ্ডিতকী মফমদা নংনা লাল্লে, অদুনা নং মাগী মফমদা চংজো, হাঙ্জো, মানা নংবু

তবে বিপ্র লৈল আসি শ্রীবাস শরণ।
তাঁর কৃপায় পাপ তার হৈল বিমোচন॥ ৫৫
আর এক বিপ্র আইল কীর্ত্তন দেখিতে।
দ্বারে কবাট, না পাইল ভিতরে যাইতে॥ ৫৬
ফিরি গেলা ঘর বিপ্র মনে দুঃখ পাঞা।
আর দিন প্রভুরে কহে গঙ্গায় লাগ পাঞা॥ ৫৭
শাপিব তোমারে মুঞি পাঞাছি মনোদুঃখ।
পৈতা ছিণ্ডিয়া শাপে প্রচণ্ড দুর্ম্মুখ॥ ৫৮
সংসার সুখ তোমার হউক বিনাশ।
শাপ শুনি প্রভুর চিত্তে হইল উল্লাস॥ ৫৯

**অর্থ :**

অদুদগী ব্রাহ্মণ অদু শ্রীবাসতা চংজরে।
শ্রীবাসকী কৃপ না মহাক পাপ্পনী কোকচরে॥ ৫৫
নোংমা বিপ্র অমা কীর্ত্তন লাকচরম্মী য়েংবা।
হোজং থিংহুনা লৈবনা ওমজদ্রে চণ্ডজবা॥ ৫৬
মযুমদা হনখরে বিপ্র মপুক্কিং রাহুনা।
নোংমা গঙ্গা ঘাটতা হাঙ্গিরে প্রভু উনখনা। ৫৭
ন না অরাবা ফংহল্লী পুক্কিং শাপ তৌগনি।
অথৌবা বাইহনা নগুণ তদংতুনা হাঙ্গিনি॥ ৫৮
মুংচাইবা ফংদবা সংসা। ওংবসনু নংগী।
নুংঙাইজবে ভাবদা শাপ থমোইদা প্রভু। ৫৯

গৌর-কৃপা-টীকা

চানবিব্রবদি নং মতু দা গুমুক ভক্তগী মফমদা করিগুম্বা ফত্তবা ভাব অমতা থনগনু। অদুন তৌরবতদা নংগী পাপ কোকনি অমসুং নংগী অনাবা লাইথু অদুসু কোকনি।

৫৬—৫৯ অতোপ্পা বিপ্র অমনী বা হাঙ্গিরক্লি—মহাক্মু কীর্ত্তন য়েংজগে হাঙ্গিহুনা শ্রীবাসকী মাঙ্গোন অম্মা লাকচবনি তৌহগুরে হোজং থিংহুনা লৈরম্বা মরম্মা মনুংদা চংজবা ওমত্রহুনা মপুক্কিং যাম্মা নুংঙাইতনা হল্লক্রে। মতুংগী নুমিং অমদা গঙ্গা মপান্দা

প্রভুর শাপ বার্ত্তা যেই শুনে শ্রদ্ধাবান।
ব্রহ্মশাপ হৈতে তার হয় পরিত্রাণ॥ ৬০

অর্থ ঃ—

থরাই যাওনা শাপকী রারী তাবদা প্রভুগী।
ব্রহ্ম শাপগী কোকচরা ওইগনি মী'থুগী॥ ৬০

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

প্রভুগা উনবদা হাঙ্গৈরম্মী—"নিমাই নখোঙ্গনা থোঙ থিংতুনা কীর্ত্তন তৌবা অতুদা ঐদি চংবা ওমজত্রতুনা পুক্লিং যাম্মা মুংঙাইতনা হল্লে, অতুনা ঐগী নুংঙাইতবসি হৌজিক ফাওবা কোকত্রি; মুংঙাইতবা অডুন মরম ওইহুনা ঐনা নংঙোন্দা শাপ তৌবা তারে।" অসি হাঙ্গৈহুনা অকিবগী মশক ওইবা অথীবা রাহৈনা মশাগী নগুণ থদংতুনা প্রভুদা শাপ তৌরে—"নঙ সংসারগী নুংঙাইবা ফংদবা ওইযু।" বিপ্রগী শাপ তাবদা প্রভুনা নুংঙাইজরম্মী। বিপ্রনা শাপ তৌনদ্রসি প্রভুগী সংসারগী নুংঙাইবা মাঙনবগীদমক্তি সংসারগী নুংঙাইবা ফংদনা (মাঙনা) অসি অর্থ অমদগী হেনা লৈবা যাই, নমাংম্বনা সংসারগী নুংঙাইনসি শেন-থুম-ইম ইপা ইচা অসিনচিংবা চাওখৎপর সংসারগী নুংঙাইবান হায়না লৌনৈ; মাসিগী ওয়া-তৈনবা হাঙ্গৈবদি ইতু-ইচা নাহুনা শিথ্রবদি-সংসারগী নুংঙাইবা ফংদ্রে, অদু ওইরবদি অরাবা অনংবা হাঙ্গৈবতু ওইরে, অরাবা অনংবা ওইরবদি হবাওবা হৌনদ্রে। বিপ্রগী শাপ তারগা প্রভুদি নুংঙ ইবি। মাসিনা থওনবদি সংসারগী নুংঙাইবা হাঙ্গৈনা খ্বাইনা থওনরিবা অাস প্রভুগীদি মাইকৈ চদোমদা পুক্লিং থমদ্রে, মরম অতুনা সংসারগী নুংঙাইবা ফংদবদা প্রভুনা করিস্থু চিংনবা লৈতে।

কনা কনাগুম্বনস্থু হাঙ্গৈনৈ করম্বা মতমদা সংসারগী নুংঙাইবসি থাদোকুনা লম্বোইহুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজরগা। সংসারগী নুংঙাইবা অসি থাদোকপা ঙম্মবদি ওম্বে। ক্রা নুংঙাইজত্র-নিদা! শ্রীকৃষ্ণ ভজনগী মরমদা থরাই চংখিহুনা সংসার থাদোকপাশিং অহুবু মীনা মহাক্তি সংসারগী নুংঙাইবা থাদো'ক্ল হাঙ্গৈনৈ। বিপ্রনা মহাপ্রভুদা শাপ তৌত্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা প্রভুদি সংসারগী নুংঙাইবা থাদোক্লীংলবনি; কীর্ত্তন তৌহুনা মতম লেল্লবনি। শাপ অহু তাবদা প্রভুনা থল্লী।

মুকুন্দদত্তে কৈল দণ্ডপরসাদ।
খাণ্ডিল তাঁহার চিত্তের সব অবসাদ॥ ৬১
আচার্য্য গোসাঞিরে প্রভু করে গুরুভক্তি।
তাহাতে আচার্য্য বড় হয় দুঃখমতি॥ ৬২

অর্থ :—

মুকুন্দদত্তদা দাণ্ড তৌখি চানবিদুনা।
থমোইগী অমোংপথে কোকখি চানবিহুনা॥ ৬১
আচার্য্য গোসাঞিদা গুরু ভক্তি তৌই প্রভুনা।
মাহুদা পুক্লিং য়াম্না য়াই, অদ্বৈত—গোসাঞিনা॥ ৬২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

"বিপ্রগী শাপ অসিনা কনখিহুনা সংসারগী মুংঙাইবসি মংত্রবদি ( ঐগোন্দগী য়াম্না লাপ্না চেমথ্রবদি ) ঐগী লাইবক ফবা ওইগনিকো। অদু ওইরবদি পুক্লিং অমি লোংদনা ভগবদভজন তৌবা ঙমজগনি।" অসি খন্দুনা প্রভুনা হয়াঙজখি।

৬১। মহাপ্রভুনা মহাপ্রকাশগী মতমদা ভক্ত পুম্নমকপু অমমম ওইনা কৌহুনা কৃপা পীখি। মুকুন্দবুদি মতম অদুদা কৌখিদে। মাহুদা মহাক কয় মুংঙাইখিদে। মতৌ অসিদা শ্রীবাসনা প্রভুদা মুকুন্দবুস্নু চানবিযু হাঙ্গনা হংগংখি, মাহুদা প্রভুনা হাঙ্গ, মাদি জ্ঞান মার্গচৎপা মীগা তিন্নবগা জ্ঞানগী য়া ভাংঙি, মানা তিন্ন-তিন্নরুবা মী অদুগী মতুংইন্না য়া ভাংঙি অওন-অওন চাবা মীনি। মহাভক্তি ভণিগী মফমদা লাল্লে। প্রভুগী য়া অসি মুকুন্দনা লৈপান্দা লৈবদা তাবে। মাহুদা মুংঙাইত্রহুনা শিরগে হাঙ্গনা খল্লে, অহুদগী কপ্পা-কপ্পা শ্রীবাসতা হঙ্গচরে করম্বা মতমদা অমুক প্রভুনা ঐবু লৌখৎপিগনি। শ্রীবাসনা মুকুন্দগী য়া অসি প্রভুনা তাকপিরকই, মপোক কোটিরক্কী মতুংদা লৌখৎপিগনি। মপান্দা লৈন-লৈনা মুকুন্দনা য়া অসি তাবদা মুংঙাইহুনা জগোই শারে। মাহু উবদা প্রভুনা মুংঙাইহুনা মুকুন্দবু থুনা পুশিল্লকউ হাঙ্গহুনা কৃপা তৌবিরে। মুকুন্দবু অহানবদা য়ারমদবা অদু অওন-অওন চাবা মীনি হাঙ্গহুনা দণ্ড পীবনি।

৬২—৬৪। শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্য অসি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র গোস্বামীগী শিষ্যনি, মহাপ্রভুগী গুরু শ্রীপাদ ঈশ্বর পুরীগী ময়াম্বা গুরুনি, মরম অহুনা প্রভুনা অদ্বৈতদা গুরুগী মতৌগুম্বা সম্মান তৌই।

ভঙ্গী করি জ্ঞানমার্গ করিল ব্যাখ্যান।
ক্রোধাবেশে প্রভু তারে কৈল অবজ্ঞান॥ ৬৩
তবে আচার্য্য গোসাঞির আনন্দ হইল।
লজ্জিত হইয়া প্রভু প্রসাদ করিল॥ ৬৪

অর্থ :—

তৌশিন্নহনা জ্ঞান মার্গ থগুহল্লী শন্দোক্ক।
প্রভুনা মাহুদা শাস্তি পীরে শাওনীংহুনা॥ ৬৩
মতৌহুদা আচার্য্যগী পুক্নি' নুংঙাইজখি।
মাহুদা ইকাইজহুনা প্রভুনা চানবিখি॥ ৬৪

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদ্বৈতনা পামজবনা প্রভুনা মাবু মনাই অচানবদৌনা চানবিবা অ'সনি; অদুম্নদি চানবিত্রহুনা গুরুদৌনা সম্মান তৌবা অসিদা আচার্য্যনা পেদ্রে। মতৌ অসিদা আচার্য্যনা থল্লী ঐনা করিগুম্বা মহাপ্রভুন পামদবা ওন্ন-হৈতনবা থবক অমা তৌরবদি মানা নুংঙাইত্তহুনা ঐঙোন্দা দণ্ডি পীবকপা য়াই। করিগুম্বা দণ্ডি অসি শোঙ্গদনা পীরক্লবদি ঐবু মনাইনি হাঙ্গনা নীংবিরে থন্দুনা ঐহাক নুংঙাইজগে। অসুন থন্দুনা শ্রীঅদ্বৈতনা, মহাপ্রভুনা পামদবা পাওতাকী মশক তৌবা ভাক্লা মাগী সেবকশিংদা যোগবাশিষ্টগী ব্যাখ্যা তৌহুনা জ্ঞান মার্গনা অথোইবনি হাঙ্গনা তঙ্গাবা তাকপা হৌবাক্ল। অদুগা সাধন-মার্গ পুম্নমক্কগী ভক্তিনা অথোইবনি হাঙ্গহুনা ভক্তি ধর্ম্ম শন্দোক্কে হাঙ্গংগীদবক শ্রীঅদ্বৈতনা প্রভুবু কৌখহুনা অবতার তৌবিবনি ভক্তি শন্দোক্নদা শ্রীঅদ্বৈতবু মরু ওইবা থবক তৌহল্লী মহাপ্রভুনা। শ্রীঅদ্বৈতনা ভক্তিগী মথক্তা জ্ঞান অথোইবনি হাঙ্গনা ভাংবা হৌরকপা অসনা প্রভুনা মতৌন্দা য়াম্না শাথরে। থৌ ওইনা শান্তি-পুরদা প্রভুনা চৎহুনা শাস্তি পীখি। শাস্তিগী মরম ১।১২। শ্লোক চহানবা। মহাপ্রভুনা অদ্বৈতবু ফান্দগী চিংথরগা শুমাংদা মথুৎমল্লা ফুখি। প্রভুনা মাবু মতিক চাবা দণ্ডি পীখি।

শ্রীঅদ্বৈতনা প্রভুগী দণ্ডি ফংলগা নুংঙাইজরে। প্রভুসু ইকাইহুনা আচার্য্যবু কৃপা তৌবিরে। প্রভুনা ইকাইকুরিবগী মরমদি—চহি য়াম্নদা হন্নবা অদ্বৈতবু য়াম্না ফুবিক্লরে

মুরারিগুপ্ত মুখে শুনি রাম গুণ গ্রাম।
ললাটে লিখিল তার 'রাম দাস' নাম॥ ৬৫
শ্রীধরের লৌহপাত্রে কৈল জল পান।
সমস্ত ভক্তের দিল ইষ্ট বর দান॥ ৬৬
হরিদাস ঠাকুরেরে করিল প্রসাদ।
আচার্য্য-স্থানে আমার খণ্ডাইল অপরাধ॥ ৬৭

**অর্থ :—**

মুরারিগী মচিন্দগী রামগী গুণ তাবদা।
মাগী মমিং "রামদাস ইরে মরাইবক অহুদা॥ ৬৫
শ্রীধরগী য়োংকী পাত্রদা প্রভু ঈশিং থকখি।
ভক্তসিংদা মানা মানা পাম্বা বর পীবিখি॥ ৬৬
চরম্না কৃপা তৌবিখি হরিদাস ঠাকুরদা।
কোক্‌হনখি শচীগী ময়ান লৈবা অদ্বৈতদা॥ ৬৭

---

গৌর-কৃপা-টীকা

থীনা ফুমনবা অহুদা অদ্বৈতনা লৈবাক্তা থরো থরো তন্দুনা খাখি। মাহ উবদা অদ্বৈতগী মুপী শ্রী অমসুং সীতা ঠাকুরাণীনা রাহুনা লাউরম্মী। প্রভুনা শাওবা ফরগা য়েংবদা অদ্বৈতদি করিম্ন রাবৌরনদ্রে অহোইনডম মুংঙাইদুনা জগোই শারম্মী। মাহুদা প্রভুনা বর পীখি—অদ্বৈত! নংগী মফমদগী থোইদিং মখাই অমা লাপ্ন চৎথোক্লোই। (শ্রীচৈ, ভাঃ মধ্যালি)

৬৫। মুরারি—নহালমুক্কী মপোক্তা হনুমান ওইরম্মী।

৬৬। প্রভুনা কীর্ত্তনে তৌনাতৌন ভক্ত অখোইব খোলাবেচা লাইরবা শ্রীধরগী য়ুমদা চংলক্লম্মী, মাহুদা শুমাংদা য়োংকী পাত্র চফু অকাইবা অমা লৈরম্মী। প্রভুনা চফু অকাইবা অহুদা ঈশিং থক্‌খি। মতৌ অসি মীতে ঐখোইগীদা থৈরম্নবদি শুমাংদা চফু অকাইবা থম্বা অসিবু খোংহাম্নুন, কৌগদবনি।

৬৭। প্রভুনা মহাপ্রকাশকী মতমদা কৌহুনা হাঙখি—হরিদাস, ঐতোম্দা য়েংও। প্রভুতোঙগী মংন। হেম্না চাওথরে। মদুনশিংনা নংতোম্দা লীচৈনা ফুহুনা রাহনখিবা

জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ধর্ম্মে নহে কৃষ্ণ বশ ।
কৃষ্ণবশ হেতু এক প্রেমভক্তি রস ॥ ৭১

অর্থ :—

জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ধর্ম্মনা খুত্থম চন্দে কৃষ্ণবু ।
প্রেম ভক্তিরসনা খুত্থম চন্না ওন্নী কৃষ্ণবু । ৭১

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১।১৪।২০ শুবা শ্লোকতা উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা ।

ন সাধয়তি মাং যোগো
ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব ।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো-
যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা ॥ ৫

## গৌর-কৃপা টীকা ।

শ্রী অদ্বৈত আচার্য্যবু পরম ভাগবতনি হায়না খঙলগা মহাপ্রভুগী মথান্দা বিশ্বরূপনা মতম লৈবখিবিক্তা মাগী মনাক্তা চংদি । অদুদগী মতম খরা লৈরগা লংলোইদি, মসিদা শচী মাতানা খনখি, অদ্বৈতনা ইচাবু ইনথিন্দনা লাংলোইহল্লিবনি ।

মসীগী তুংদা নিমাইসু অদ্বৈতগী মযুমদা তোংনা চৎলি হৌরকে । মসিদা শচী-মাতানা খল্লবা হৌরক্কে নিমাইসু বিশ্বরূপকী মতোংদা মসাবু থাদোকহল্লিবা তারে । অসি খল্লদুনা শচীমাতানা অদ্বৈতগী মফমদা নুংশিত্তবা বাহৌরবা লৌরে । মসি শ্রীঅদ্বৈতকী মফমদ শচীমাতানা লানবনি ( অপরাধ লংশিনবনি ) মহাপ্রকাশকী মতমদা মহাপ্রভুনা অপরাধ অসি লৈবনা প্রভুনা মাংদা প্রেম দান তৌহিদে । অমসুং হায়খি শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতগী পদধুলি ( খুযগী মলুল ) লৌরবদি দোষ লোইনা প্রেম ফংগনি । অদুদগী শচীমাতানা পদধুলি লৌবা চংলে, শ্রীঅদ্বৈতনা যাশোদাগা মাইম্নে হাইনা থম্লুন পদধুলি পিদ্রে ভাইগুন্দ্রে । শচীবু উবদগী ব্রজ ভাব থংশিনবুক্তুনা জ্ঞান মংহুনা হল্লাক্তা তুম্ব্রে ব্রহ্মস্থরব বাস্তবগী মতম হন্দিদা শচীমাতানা পদধুলি লৌরে । মসি অসুম পদধুলি লৌরবদগী অপরাধ দোষ পুম্নমক লোপ্লন্দা খুদক অচুমক্তা শ্রীকৃষ্ণপ্রেম ফংলিনি । ( শ্রীচৈঃ ভঃ মধ্য ২ অধ্যায় ফংবিয় । )

মুরারিকে কহে তুমি কৃষ্ণ বশ কৈলা।
শুনিয়া মুরারি শ্লোক পঢ়িতে লাগিলা ॥ ৭২

অর্থ :—

কৃষ্ণ খুদুম চনবা ওন্ন নং—হাঈ মুরারিদা।
মুরারি শ্লোক ঐবা হৌবে মাত্রু পায়বদা ॥ ৭২

শ্রীমদ্ভাগবত ১০।৮১।১৪ শ্লোক :
ক্বাহং দারিদ্র্যঃ পাপীয়ান—
ক্ব কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতনঃ।
ব্রহ্মবন্ধুরিতি স্মাহং—
বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ ॥ ৬

---

গৌর-কৃপা-টীকা

৬৮ পড়ুয়-ছাত্র। অর্থবাদ হেক্লা থাগংপা "হরিনমগী মহিমা গুণ হাঈবিবদু হেক্লিনন্নাশ্র—থাকিশে দি হরিনামগী গুণ ঢ়ু যম্না লৈবম্মোষ্ট"—মসুন হঈবা অসিবু অর্থবাদ ত্তোই। হরিনদা অর্থবাদ তৌব মরুযংপা অসি নামাপরাধনি।

নোংমা ভগশদা প্রভুনা হরিনামগী মগুণ ওইহনলম্ম। মফম দুদ ছাত্র মস্তু লৈবম্মী, মহাকস্তু প্রভুনা হরিনামগী মগুণ হাঈবদু তবম্মা, তাবগা খরি হাঈকু গে হাঈবদা—"নামগী মগুণ হাঈবিবদু হাঈ...গ্র, মগুণ অদুক য়াম্না লেবা হৌনদ—থাম্না থাগৎমন গ্র।"

৬৯—৭০। ছাত্র অদুগী মচিংগী নামগী মগুণ হাঈবদা মথোয়ং কপা তান্দা প্রভুনা য়াম্না ব্রাগ্রে, মী পূম্নমনা প্রভুনা হঈবম্মী, নামদা অপরাধ লৈবা ছাত্র অসিগী মশক য়েংবা, মাইয়ে কুবা হৌনদ। নামদা অপরাধ তৌরবা ছাত্র অসিগা মাইথোরকবগী-দমক ঐথোয় পূম্নমক নাংগে হাঈনা প্রভুনা থন্দুনা লোঈনবশিংগা লোঈননা হকচাংদা পক্পা ফি মথৈ যাওন (ঈশ্বরদা তুমথোকপাইরবা ইন্নফিদিংবা অতেপ্পা ফি য়াওনা) তুমথোকুন, গঙ্গাদা ঈবজাথোক্লে অমসুং গঙ্গা স্নান তৌরগনি—হঈনা শিংদ ভক্তি গী মগুণ হাঈরম্মী। নামাপরাধী উনরবদি হকচাংদ ওথোক্লবা যেঐ মথৈগা তৌইনন্দ হকচাংজ-থোকপা হৌনি।

## গৌর-কৃপা-টীকা

৭১। জ্ঞান মার্গনা কর্ম্ম মার্গনা, যোগ মার্গনা প্রেম ভক্তি ফংবা ঙমদে মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণবুসু খুদুম চনবা ঙমদে। প্রেম ভক্তিনা অমসুং মী অদুনা খঙজবা মথৌ খাক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবা সেবা তৌবতনা শ্রীকৃষ্ণবু খুদুম চনবা ঙম্মী।

শ্লোক। ৫। অন্বয়ঃ। উদ্ধব (হে-উদ্ধব)! মম (ঐগী) উর্জ্জিতা (অচেৎপা) ভক্তিঃ (ভক্তি) মাং (ঐবু) যথা (মতৌ অদুম্না) সাধয়তি (সাধন তৌই-খুদুমচল্লী) তথা (মতৌ অদুম্না খুদুমচনব) ন যোগঃ (যোগ না ঙমদে) ন সাংখ্যং (সাংখ্যনা ঙমদে) ন ধর্ম্ম (ধর্ম্মনা ঙমদে) ন স্বাধ্যায়ঃ (বেদ তম্বনা ঙমদে), ন তপঃ (তপস্যানা ঙমদে) ন ত্যাগ (—সন্ন্যাসনা—ঙমদে)। অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গী "হে উদ্ধব! ঐত্তোন্দা ভক্তি চেৎপা মী অদুনা ঐবু খুদুম চনবা ঙম্বা মতৌ অদুগুম্না যোগ, সাংখ্য, ধর্ম্ম, বেদাধ্যয়ণ-বেদ তম্বা, তপস্যা অমসুং সন্ন্যাসনসু অদুম্না খুদুম চনবা ঙমদে।" ৫।

৭২ দ্বরকাদা শ্রীকৃষ্ণনা মপী মরূপ শ্রীদামদ কৌবা তমদা শ্রীদামনা এথাগী শ্লোক অসি ঙাংখি, মুরবিজয়গী শ্রীদামগী ব্রাহ্মণ তেকচুন শ্লোক অসি থীবনি।

শ্লোক। ৬। অন্বয়। দরিদ্র (লাইরবা) পাপীয়ন (পাপী) অহং (ঐ) ক্ব (কদাই), শ্রীনিকেতনঃ (লক্ষ্মীগী শৈফম) কৃষ্ণ (শ্রীকৃষ্ণ) ক্ব (কদাই) ব্রহ্মবন্ধু (ব্রহ্মবন্ধু ঐ) ইতি (হায়দুনা) স্ম (অহো) (এ) বাহুভ্যাং (কৃষ্ণগী পাম্বোম অনিনা) পরিরম্ভিতঃ (খোনবরে)।

অনুবাদ। শ্রীদাম বিপ্রনা হাঙ্গিবাই "ওহে কৃপানি! কদাই ঐদি লক্ষ্ম। চৌনব্রবা য়াম্না লাইরব্রবা পাপীনি, অদুগা কদাই শ্রীকৃষ্ণদ লক্ষ্মীনা সেবা তৌরিবা ঐশ্বর্য্যগী মপুনি। ঐবু ব্রহ্মবন্ধুনি হায়দুনা ইবুঙো মহাক্কী পাম্বোম অনিনা ঐত্তোন্দা কোনথিরে।৬।"

শ্রীদাম বিপ্র অসি অঙাং হৌরিঙদা শ্রীকৃষ্ণগী সখা মরূপ ওইরম্মী, মবানি লাইরিক তম্মিটৌ, উচুল-ঙাইচু। অদুনা শান্নমিন্নরম্মি, মবানি অমগা অমগা ওন্থোক্কা চুশিনখ্রে। মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদ লৈংলগা ওইখ্রে, মতম অদুদা শ্রীদামদি ওন্থোরা

## গৌর-কৃপা-টীকা

লাইরম্রে, ভিক্ষা নিহুনা লেনম্রে; নোংমগী মমুংদা চবা অমতং চানা ফাওবা পুক থানা চাবা ওমজখিদ্রে, মহাকী ইমুং মচুংস্থ থাকপা ওমজদ্রে। লাইরবনা চবা তোঙ্গনা হেল্লক্রবদা রাবনা খাওবা ওমখিদ্রহুনা নোংমা মাগী মুপীনা মাত্তোন্দা হংগংলক্ষ্মী।—"শ্রীকৃষ্ণদি নংগী অণ্ডাং ওইবিভৈগী মরূপ্নি, মাদি গৌজিক দ্বারকাদা নিংথৌ ওইহুনা পান্নখ্রে, নংনা মাগা অমুক্তং উনরবদি মহাক্না নংগী ইশেঈ শোঙ্গদনা কবিগুম্বা থরা কাম্বনবা তৌবিরকনি।" মুপীগী রাহৈ অসিদা থমোই নিক্ল-নিক্লা শ্রীদাম্মা দ্বারকাদা লেপ্তবা তারে, মতম কুইববগী মতুংদা মকপকা উনবা চৎপদি মক-কীদমক করি পুগনি যুমদম্ব কবিস্থ লৈতে; থম্নবদা ব্রাহ্মণী অহুনা লৈকাইদগী চগেমগী চেংকবোক মুং মবিদং নিররগা শ্রীদামদা পীবরে। শ্রীদাম্মা মাহু ক্ষিজিদ, পুন্দুনা চংলে। দ্বারকাদা থংবা মতমদা কোম্নংগী কজবা ঐশ্বর্য্য ময়াম অহু উবদা পুমণ্ডক ওক্থ্র; পুক্লিংদা হংগোইর ক্তুনা ক্ষিজিদা পুত্রিবা চগেম কবোক্ অহু নাকন্দা মী উদনবা চেংনা যেপশিন্রে। থমোই থক-ক নিক্ল-নিক্লা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা থুংলে; শ্রীকৃষ্ণনা মমল যাম্নবা মণি মুক্তানা হৎহুনা শারবা ফগুংদা ফমহুনা রুক্মিণীগী যুম্না লৈবা অহু উবে। শ্রীদামবু উবগা শ্রীকৃষ্ণনা হাগৎতুনা মথুং হনিনা কোনসিন্দুনা শ্রীদামবু ফমুং হুদ ফমহল্লে অমসুং হৌননী সেবা মখেং মথুৎ হামদোকপিহুনা রুক্মিণীনা চামর জুমহুনা পেৎপাহম্রে।

অন্তর্য্যামী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মবম্না চেংকবোক পুরকপাহু শওলগনা হঈবক্লই "মকপ, এগীদমক শ্রীবৃন্দবনদগী নবি পুবকপগে পীবিংবা।" শ্রীদামদ ইন ইংনা লৈকম হওদ্রে, লক্ষ্মীনা সেবা তৌহুনা অয়াংপা লৈতনা ঐশ্বর্যনা মা লৈববা, ভাবত্তকী নিংনৌ পুম্নমম্না মহাক্কী নিংচিনা থাজত্ত, মংবিরক্লগীদমক চেম্নববা, অসুম ওংবা শ্রীকৃষ্ণনা মথুৎতা ঐনা মত্তৌ করম্না চগেম কবোক মুং অমতং পীসিগে? শ্রীদাম চেংকবোক পুখোক্তে, পোইনা হেম্না চেৎনা য়েপসিনখ্রে।

বুদ্মে ক্ষাগি পাংজবা শ্রীকৃষ্ণনা বিপ্রগী নাকন্দা লেপ্লীবা চগেম-কবোক অহু মুন্দুনা কিথি খোক্তুনা চাবা হৌরে। ভক্তনা পীজগে হাঙ্গনা থংশ্রবা পোৎপু ইবুঙো মানা চাদনা লৈবা ওম্রা?

শ্রীদামগী চগেমগী চেংকবেক মুৎ অমদা মুংশিবা রস যানসিনখিবা থদুগা, পৃথিবীগী ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্কা চাংওনবদা শ্রীকৃষ্ণনা পামজবা পেনজনা শ্রীদামগী চেংকবোনা হেলে, ঐশ্বর্য্য রাংলে।

শত দুই ফল প্রভু শীঘ্র পাড়াইল।
প্রক্ষালন করি কৃষ্ণে ভোগ লাগাইল॥ ৭৬
রক্ত পীত-বর্ণ, নাহি অষ্ট্যংশ-বল্কল।
একজনের উদর পূরে খাইলে এক ফল॥ ৭৭
দেখিয়া সন্তুষ্ট হৈল শচীর নন্দন।
সভাকে খাওয়াইল আগে করিয়া ভক্ষণ॥ ৭৮

অর্থ :—

হৈ চনি হেকপা লোইরগা প্রভুনা পন্দনা।
কৃষ্ণদ ভোগ থম্বাই খাওনা কৎলে চাংথে কুনা॥ ৭৬
মক; মশিং মকু পান্দ নাপু অঙাংবা ওই।
মী অমগী মপুক, অমা চাবদা থনবা ওই॥ ৭৭
মাহ্ন উবদা শচীগী মচানা পেনজরে।
প্রভুনা হান্না চারগা খ্বাইবু পীজরে॥ ৭৮

## গৌর-কৃপা টীকা

[ থাইজশেংন ব্বা অমদি শ্রীবাসকী মাঙ্গোন অসি শ্রীধাম নবদ্বীপকী মপ্নংচনব। অপ্রাকৃত চিন্ময় স্থান ( ভক্তিগী লৈবাক অচম্বা নত্তবা ব্রাখলগী লৈবাক ) অমনি ভক্তশিন, হাঙ্গৈন হেনৌ পাম্বী অসি নিত্তিগী লেঙদনা লৈবনি — অতুবু নহাল মখেদি ফোংদে ক্রমদবনি। প্রভুগী ইচ্ছানা হৌজিক্তি ফোঙদোকে ফোঙদোকপ অসিদা ব্রহ্মাণ্ডলীলাগী মতু ইম্ন হৈনৌ পাম্বী অসিসু থবা হোইহন্‌বনচিবা মাংশিংন উৎলনীবা থৌরম, থাজফম থোক্রবা মতম থজিক্রংগী মমুংদা পুথোক্তুনা উহল্লে। ভগবান্না, খ্বাইনা তৌবা ওমদবা থবক, ব্রাখলগী ব্রাংমদা লৈবা থবক তৌনা ওমহৈ হঙ্গৈবসি থাজদব, মীদি ব্রহ্মাণ্ডনা নিত্য-লীলা। ফোংদোক্তুনা শন্নাবা অসি থাজবোই, তৌইনস্বয়ং ঈশ্বরগী অঙবৃপা শাক্তিবু থাকনা মীশিংগী মফমদদি পূর্ণমক অসি ওইখোল্লব নত্তে অচুম্বা ওাপনি। ]

৭৬ – ৭৭। হৈনৌ পূর্ণক মব পান্দে, মশিং যাওদে, মকুম্ব যাওদে। হৈনৌ অসি কয়ামুক চাওদে হাঙ্গৈবদা অমত্তং চাবদা পুক্ থল্লে। মরু, মকু, মশিং যাওদ্রবনীনা হৈ অতুগী মপাদা মচেৎ অম। ফাওবা হন্দাক্তে। মহাওসু অমৃতরস ওইখে।

৭০। প্রভুনা হৈনৌ অহু হান্না চামগ তুংদা মী পূর্ণমকপু শ্রীকৃষ্ণ প্রসাদি পীজে।

অষ্ট্যংশ-বল্কল নাহি অমৃতরসময়।
একফল খাইলে রসে উদর পুরয়॥ ৭৯
এইমত প্রতিদিন ফলে, বারমাস।
বৈষ্ণবে খায়েন ফল—প্রভুর উল্লাস॥ ৮০
এই সব লীলা করে শচীর নন্দন।
অন্য লোক নাহি জানে-বিনা ভক্তগণ॥ ৮১
এইমত বারমাস কীর্ত্তন অবসানে।
আম্র-মহোৎসব প্রভু করে দিনে দিনে॥ ৮২

অর্থ :—

অমৃতরসমক্কি মশিং, মরু, মকু, পান্দে।
উহৈ অমা চাবদা পুক্ থন্দবা তৌদে॥ ৭৯
থা তরানিথোই নিতিগী ভমুনবা হৈ ফংই।
প্রভুনা বৈষ্ণবতা হৈনৌ পেম্না পীজরক্ই। ৮০
লীলা পুম্নমক্সি তৌই শচীগী মচানা।
অতোপ্পা মীনা খঙবা ওমদে ভক্ত নত্তনা॥ ৮১
অহুম্না কীর্ত্তন লোইবদা চহি অমা চুপ্প।
হৈনৌ-মহোৎসব নিতিগী তৌরম্মী প্রভুনা॥ ৮২

গৌর-কৃপা-টীকা

৭৯। থ্বাইনা খঙনরিবা হৈনৌদি মরু, মকু, মশিং পাল্লী, হন্দকী হৈনৌ অসিদি ঃাইগী হৈনৌগা মান্নদে। মহাওম্ব অমৃত মতূম গুম্বনি। { অদুনা হৈনৌ অসে প্রাকৃত ( মচম্ম ) নত্তে; অপ্রাকৃতনি ( চম্নদবনি ) }।

৮০—৮১। হৈনৌ পাম্বী অসিদা থা তরানিথোই চুপ্পা হৈ মুন্না, নিতিগী কীর্ত্তন লোইরগা ভক্তশিংনা হৈ চাঈ। তৌইগুম্বসুং ভক্ত নত্তনা কনাগুম্বা অতোপ্পা মী দি হৈনৌ পাম্বীসু উদে মহৈসু উবা ফংদে, হৈনৌ চাবগী রাসু খঙদে। ভক্তশিংগী ইন্দ্রি অদু শুদ্ধ সত্ত ওইরবতদা ভগবানগী শুদ্ধ সত্তগী মশক ওইবা লীলা সয়াম অদু উবা ফংই। অতোপ্পা অচম্বা মীনা উবা ফংদে, পাপ চেল্লিবা মিৎ আসনা উবা ফংদে।

কীর্ত্তন করিতে প্রভু আইল মেঘগণ।
আপন ইচ্ছায় কৈল মেঘনিবারণ॥ ৮৩
একদিন প্রভু শ্রীবাসেরে আজ্ঞা দিল।
বৃহৎ সহস্র নাম পড়—শুনিতে মন হৈল॥ ৮৪
পড়িতে আইল স্তবে নৃসিংহের নাম।
শুনিঞা-আবিষ্ট হৈল প্রভু গৌরধাম॥ ৮৫
নৃসিংহ আবেশে প্রভু হাতে গদা লৈয়া।
পাষণ্ডী মারিতে যায় নগরে ধাইয়া॥ ৮৬

অর্থ :—

প্রভুনা কীর্ত্তন তৌ দা চুগাদৈবদা নোং।
প্রভুগী ইচ্ছানা থাদগি চুহনখিদে নোং॥ ৮৩
নোংমা শ্রীবাসতা প্রভুনা য়াথং পীরিরম্মী।
সহস্র নাম অচৌবা পাও ঐনা তাবা পাম্মী॥ ৮৪
পারকপদা নৃসিংহগী মমিং য়াংরক্লে।
মতু তাবদা প্রভুন —ভাব মা চংলক্লে॥ ৮৫
নৃসিংহগী ভাবত গদা পাইজুনা প্রভুনা।
পাষণ্ড ফুবা সন্দা যেরবকই চেন্দুন। ৮৬

গৌর-কৃপা-টীকা

৮৬ পাষণ্ডী হিরণ্যকশিপুবু মাওহনাগ হাম্বীদমক শ্রীনৃসিংহদেব আবির্ভাব ওইরম্মী, নৃসিংহদেবগী পাহংবী ওওহনবা লী। অদু মহাপ্রভুগী পুক্কিংদা ফাওরকুনা পাষণ্ডী মাওহনাগ হাঙ্গবগীদমক খুৎতা গদা পাইজুনা শ্রীবাসনা মাঙ্গোন্দগী মপান থোক্লুনা সহরগী মাইকৈরোমদা চেন্থরম্মী।

৮৭। শ্রীবাসনা মাঙ্গোন্দা প্রভুনা নৃসিংহগী ভাব চংলকপদা শ্রীঅঙ্গদগী হকচাংদগী চণ্ডরপা মওং অমা ওোরকই, মওান অদুগা গদা অদুগ উবদা লম্বীদা লৈবরা শ্রী পূজক কিহুনা চেন্নরম্মী।

৮৮ ৮৮। অমবম্বদা মী পূম্নাবপু বিরুদ্ধ না ঐহাক অপরাধ দোষ অমা লৈরে।

এত বলি শ্রীনিবাস করিল সেবন।
তুষ্ট হঞা প্রভু আইলা আপন ভবন ॥ ৯২
আর দিন শিবভক্ত শিবগুণ গায়।
প্রভুর অঙ্গনে নাচে—ডমরু বাজায়। ৯৩
মহেশ—আবেশ হৈলা শচীর নন্দন।
তার কান্ধে চড়ি নৃত্য কৈল বহুক্ষণ ॥ ৯৪
আর দিন এক ভিক্ষুক আইলা মাগিতে।
প্রভুর নৃত্য দেখি নৃত্য লাগিল করিতে ॥ ৯৫
প্রভু সঙ্গে নৃত্য করে পরম উল্লাসে।
প্রভু তারে প্রেম দিল—প্রেমরসে ভাসে ॥ ৯৬
আরদিনে জ্যোতিষ সর্ব্বজ্ঞ এক আইল।
তাহার সম্মান করি প্রভু প্রশ্ন কৈল ॥ ৯৭

অর্থ :—

'সি হাঙ্গইদুনা শ্রীনিবাসনা সেবা তৌই প্রভুদা।
পেল্লদুনা শচীসুত লেঙলক্লে মযুমদা। ৯২
নোংমা শিব ভক্ত অমা শিবগুণ শকুনা।
প্রভুগী মাঙ্গান্দা জগোই শাই ডমরু খীংদুনা। ৯৩
মহেশকী ভাবতা লুপখরে শচীগী মচানা।
শিবভক্তগী লেংবান্দা জগোই শাই তোংদুনা ॥ ৯৪
নোংমা চাকনিবা অমনা নিবা লাকচরমী।
প্রভুগী জগোই উবদা মাসু জগোই শারমী ॥ ৯৫
প্রভুগা লোইননা জগোই শারমী মুংঙাইনা।
প্রেমরসতা তাউহল্লে মাবু প্রেম পীনবিদুনা ॥ ৯৬
অতোপ্পা মুমিং অমদা জ্যোতিষ অমা লাক্লে।
মহাকপু সম্মান তৌদুনা প্রভুনা হংলক্লে ॥ ৯৭

---

গৌর-কৃপা টীকা

৯২। শ্রীনিবাস আচার্য্যাদি শ্রীবাস্ পণ্ডিতকী মতুং য়াম্না কুইরগা পোক্পনি।

কে আছিলাঙ্ আমি পূর্ব্বজন্মে কহগণি?
গণিতে লাগিলা সর্ব্বজ্ঞ প্রভুবাক্য শুনি॥ ৯৮
গণি ধ্যানে দেখে সর্ব্বজ্ঞ—মহা জ্যোতির্ম্ময়।
অনন্ত বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ড সভার আশ্রয়॥ ৯৯
পরতত্ত্ব পরব্রহ্ম পরম—ঈশ্বর।
দেখি প্রভু-মূর্ত্তি সর্ব্বজ্ঞ হইল ফাঁফর॥ ১০০
বলিতে না পারে কিছু, মৌন ধরিল।
প্রভু পুন প্রশ্ন কৈল, কহিতে লাগিল। ১০১

অর্থ :—

ঐহাক কনা ওইরম্বগে মমাংগী মপোক্তা।
প্রভুগী ৱাৎং তাহুনা য়েংলক্লে লাইরিক্তা॥ ৯৮
পাজিনা ধ্যান্দা উই পুৱখত্ত থঙবা মঙান ওইনা।
অনন্ত বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ড—শিংগী চংকম ওইনা॥ ৯৯
পরতত্ত্ব পরব্রহ্ম অথোইবা ঈশ্বরবু।
প্রভুগী মূর্ত্তি উবদা মমথরে লৌশিংবু॥ ১০০
হাঙ্গীদোরকপা ঙমজদরে তুমিচ্চা লৈখরে।
প্রভুনা অমুক হংদা ময়োল ফাওবা হৌরে॥ ১০১

## গৌর-কৃপা-টীকা

৯৯—১০১। পরতত্ত্ব—অথোইবা তত্ত্ব পরব্রহ্ম- অচৌবা পোৎ ব্রহ্মগী অরোইবা (প্রকাশ্লাইবা) বিকাশ। অথোইবা ঈশ্বর—ঈশ্বরগী অরোইবা বিকাশ; স্বয়ং ভগবান।

... অহ্মাওবা পাঞ্জি অহুনা প্রভুগী ৱাংং মতুংইন্না নহালমুক্কী ৱা ৱয়া-থয়া ৱাথন্দা মুনগ্রে; মাহাক্কী "প্রভুগী মূর্ত্তি ধ্যান তৌবদা উবা ফংলে—"মূর্ত্তি অহুদগী ৱামা লুবা অঙকপা মঙান, অমনা মাইকৈ পুম্নমক ঙাল্লে। মূর্ত্তি অদুদা অনন্ত (মশিং নাইদবা) বৈকুণ্ঠ অমস্থুং অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডনা চংকম ওই। মূর্ত্তি অদুনা ব্রহ্মাগী অরোইবনি, পূর্ণতম ভগবাননি স্বয়ং ভগবাননি।" অসিগুম্বা মূর্ত্তি অসি পাঞ্জি অদুনা ধ্যানদা উবফংবা অদুদা জ্ঞান মনুহুনা তুমিন্না লৈখ্রে, কৱিত্ত খুমফম্ থঙত্রে পাঞ্জি অহুগী ফিবম্ উবদা প্রভুনা

পূর্ব্বজন্মে ছিলা তুমি জগত আশ্রয়।
পরিপূর্ণ ভগবান সর্ব্বৈশ্বর্য্যময় ॥ ১০২
পূর্ব্বে যৈছে ছিলা, তুমি, এবে সেইরূপ।
দুর্বিজ্ঞেয় নিত্যানন্দ তোমার স্বরূপ ॥ ১০৩
প্রভু হাসি বোলে—তুমি কিছু না জানিলা।
পূর্ব্বে আমি আছিলাঙ্ জাতিয়ে গোয়ালা। ১০৪

অর্থ :—

নহাক্ননুকী মপোক্তা নং জগৎ চংজকমি ।
মপুং ফাবা—ভগবান ষড়ৈশ্বর্য্য ময়নি ॥ ১০২
মমাংঙৈদা ওইরম্বহ্ হৌজিক্সু অমুম ওইনি ।
নংগী শবকম নিত্যানন্দনা লাউমা খঙবা ওমত্রি ॥ ১০৩
নং করিম্বু খঙদে হাঁউদি প্রোভুনা-প্রভুনা।
অহানবদা গোয়ালা জাতি ওইরমী ঐহাক ॥ ১০৪

---

গৌর-কৃপা টীকা

হৌলক্ই, মাচ্ছ-ভাবদা পাঙ্গি ভত্ত্ব মপানগী জ্ঞান তারকুনা থুক্কই । মরোল্ ফাওবা হৌরে মাইবীনা লাইমাও কম্বদা লাই-পাও ফাঙরকপদোনা পাঙ্গিন্থ মরোল ফাওবা ( লাইরোন লাইবাও ফাওবা ) হৌরে । )

১০২-৩। অকাওবী পাক্সিনা হাঁউরক্ই - ঐমা খোংতুনা য়েংবদা নং অসি নহাক্ননুকী মপোক্তা অনন্ত বৈকুণ্ঠগী অমসুং অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডগী চংজকম, ঐশ্বর্য্য তরুক্তা ভিনবা স্বয়ং ভগবান ওইরমী; মপাক অসিদমক নং অমুম ওইনি। অদুগা শ্রীনিত্যানন্দদি - মখোয়গী স্বরূপনি; মহাকী তত্ত্বদি খঙবদা থয়া লুক্কে। ঐনা হায়বা ওয়গী ইতিক হৌজকে।.

ঐশ্বর্য্য তরুক — (১) শক্তি পুম্নমক (২) অকনবা (বীর্য্য) পুম্নমক (৩) মিংচৈং পুম্নমক (৪) ফজব পুম্নমক (৫) জ্ঞান পুম্নমক (৬) বৈরাগ্য ( মায়াগী মাংগ খাঙ্দোকপা তরুক অসি ষড়ৈশ্বর্য্যনি ( ভৌতম্বা তরুক্কি ।

গোপগৃহে জন্ম ছিল, গাভীর রাখাল।
সেই পুণ্যে এবে হৈলাঙ ব্রাহ্মণ ছাওয়াল। ১০৫
সর্ব্বজ্ঞ কহে—তাহা আমি ধ্যানে দেখিলাঙ।
তাহাতেও ঐশ্বর্য্য দেখি ফাঁফর হৈলাঙ। ১০৬
সেইরূপে এইরূপে দেখি একাকার।
কভু ভেদ দেখি, এই মায়ায়ে তোমার॥ ১০৭
যে হও সে হও তুমি, তোমাকে নমস্কার।
প্রভু তারে প্রেম দিয়া কৈল পুরস্কার॥ ১০৮
একদিন প্রভু বিষ্ণুমণ্ডপে বসিয়া।
'মধু আন মধু আন' বোলেন ডাকিয়া। ১০৯
নিত্যানন্দ গোসাঞির আবেশ জানিল।
গঙ্গাজল পাত্র আনি সম্মুখে ধরিল॥ ১১০

অর্থ :—

গোপগী য়ুমদা পোকুনা মগনী শেন্নমী।
ব্রাহ্মন জাতিদা পোকপগি পুণ্য হুনা ওইরমী॥ ১০৫
পাণ্ডিনা হাই ঐনা মাহ্ ধ্যান্দা উরম্বনি।
ঐশ্বর্য্যগা লোয়নবদা হাইকম্ থঙ্ত্রবনি॥ ১০৬
ধ্যান্দা উব মশকুগা নংগা মাম্মবনি।
করিগুম্বদা মায়ান শেন্না উবনি॥ ১০৭
ওইনিংবা অমা ওইজরো খুরুমজবি নংবু।
প্রভুনা প্রেম পীবিদুনা মহে যাল্লহল্লে মাহ্॥ ১০৮
নোংমা প্রভুনা ফমদুনা বিষ্ণুমণ্ডপ্তা লৈ।
খোইহি পুরকউ-পুরকউ হাঙ্গনা কৌদুনা লৈ॥ ১০৯
শ্রীনিত্যানন্দ গোসাঞিনা মহাকী ভাব খঙ্লে।
গঙ্গাজল পাত্র, মমাংদা পুরকুনা থমলে॥ ১১০

গৌর-কৃপা-টীকা

২১০—১১১। শ্রীবলরামদি খোইহি পামই খোইহি পুরকউ হাঙবা অমদা নিত্যানন্দনা খঙবি, প্রভুনি, শ্রীবলরামগী রাখলা পুনশ্রে। শ্রীনিত্যানন্দনা পাত্র অমদা গঙ্গাজল

জলপান করি নাচে হইয়া বিহ্বল।
যমুনাকর্ষণলীলা দেখয়ে সকল ॥ ১১১
মদমত্ত গতি বলদেব—অনুকার।
আচার্য্যশেখর তাঁর দেখে রামাকার ॥ ১১২
বনমালী আচার্য্য দেখে সোনার লাঙ্গল।
সভে মিলি নৃত্য করে—আবেশে বিহ্বল ॥ ১১৩
এইমত নৃত্য হইল চারিপ্রহর।
সন্ধ্যায় গঙ্গাস্নান করি সভে গেলা ঘর ॥ ১১৪
নগরিয়া লোকে প্রভু যবে আজ্ঞা দিল ॥
ঘরে-ঘরে সঙ্কীর্ত্তন করিতে লাগিল। ১১৫

অর্থ :—

ঈশিং থক্লগা ভাওহুনা জগোই শাবা হৌরে।
যমুনাকর্ষণ লীলাবু ময়াম্না উক্লরে ॥ ১১১
বলদেবগী এগৌগুম মথাই কাবা ওইরে।
আচার্য্য শেখরনা মাবু বলরাম ওইনা উরে ॥ ১১২
বনমালী আচার্য্যনা সনাগী লাঙ্গোন উরে।
ময়াম ত্রিন্নহুনা জগোই লুংঙ ইনা শাবে। ১১৩
মতৌ অসুম্না প্রহর মরি জগোই শারে।
সন্ধ্যা দা ইকুজরগা ময়াম হল্লখরে। ১১৪
প্রভুনা য়াথং পীহুনা সহরগী মীশিংদা।
সংকর্ত্তন তৌনা হৌবক্লে যুমথোং থুদিংদা। ১১৫

গৌর-কৃপা টীকা

পুরকুনা পীরে প্রভুনা ঈশিং অহু খে ইহিনি হাঙ্গৈনা নীংহুনা থক্লে। খোইহিনি হাঙ্গৈবহু চপচানা নীংখিবনা ভাবনা ভাওহুনা জগোই শারে। মতম অসিদা শ্রীবলদেবনা যমুনা চিংশিনবগী লীলা তৌখিন্দহু খ্বাংদা উহনখি।

যমুনাকর্ষণ লীলা—মতম অমদা বলদেবনা চাম্রবী শিংগা ঈশিংদা শাহ্নীংবগী ভাব লাক্লুনা যমুনাবু নৌখি; কৌবদা যমুনা লাক্লে হাঙ্গৈবা থওলহুনা চিংশিন্দুনা পুরকুইনা।

"হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন॥১১৬"
মৃদঙ্গ করতাল সঙ্কীর্ত্তন উচ্চধ্বনি।
হরি হরিধ্বনি বিনে অন্য নাহি শুনি ॥ ১১৭
শুনিয়া যে ক্রুদ্ধ হৈল সকল যবন।
কাজী পাশে আসি সভে কৈল নিবেদন॥ ১১৮
ক্রোধে সন্ধ্যাকালে কাজী এক ঘরে আইল।
মৃদঙ্গ ভাঙ্গিয়া লোকে কহিতে লাগিল ।১১৯

অর্থ :—

"হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।।" ১১৬
পুং করতাল পোঙ্গননা সংকীর্ত্তন তৌবক্লে।
হরি ধ্বনি নত্তনা অতৈ খোঞ্জেন তোল্লে। ১১৭
পাত্তনশিংনা যাম্না শউাবে মহু তান্দা।
মযাম লাক্লনা ঝাকৎলে। কাজীগী মফমদা॥ ১১৮
য চ বদা কাজী শাওনা মম অমদা লাক্লে।
পুং থুগাইবগা ম যামদা হাঙ্গিবা হৌবকে। ১১৯

গৌর কৃপা টীকা

শ্রীবলদেবগী ভাবতা প্রভুনা নী পুম্নমক্ক শাঁগা অহু উইনখি। শীমদ্ভাগবত ১০ স্কন্ধ ৬৮ অধ্যায়দা লীলা অসি যাংই।

১১৬। ববম্বা পদ কীর্ত্তন লোগদগে হাঙ্গিবদ প্রভুনা হ্রব দি—"হরয় নম অসিনচিংবা।

১১৮। কাজী—বিচারপতি। মমিংদি চাঁদ কাজী কৌই। গৌড়শ্বর নবাবগী মশুনি।

এতকাল কেহো নাহি কৈল হিন্দুয়ানি ॥
এবে যে উদ্যম চালাও, কোন্ বল জানি? ॥ ১২০
কেহো কীর্ত্তন না করিহ সকল নগরে।
আজি আমি ক্ষমা করি যাইতেছি ঘরে ॥ ১২১
আর যদি কীর্ত্তন করিতে লাগ পাইমু।
সর্ব্বস্ব দণ্ডিয়া তার জাতি যে লইমু ॥ ১২২
এত বলি কাজী গেল, নগরিয়া লোক—।
প্রভু স্থানে নিবেদিল পাঞা বড ভয় ॥ ১২৩

অর্থ :—

মতম অংক কুইবা অঙ্গম তৌবংদে হিন্দুশিংনা।
হৌজিক কনানা হাঙ্গইদুনা তৌরিবা থৌনা ফনা ॥ ১২০
কনাগুম্বা অমত্তানা কীর্ত্তন যাদে সহরদা।
ঙসিদি ঙাক্পিরগনি চংলগে য়ুমদা ॥ ১২১
মতুংদা কনাগুম্বনা কীর্ত্তন তৌরবদি।
অাং তাহনগনি মশা মরন তৌগনি দণ্ডি ॥ ১২২
অসি হাঙ্গইরম্লগা কাজী চংখ্রে, সহরগী মী না— ।
প্রভুদা রা কংলে যাম্না শিজরদুন । ১২৩

গৌর-কৃপা টীকা

১২০ -২২। কীর্ত্তন তৌবা মী-শিংদা কাজীনা খণ্ডহনবা।— হিন্দুয়ানী হিন্দু ধর্ম্ম চংলা। কাজীনা শাংদুনা হাইবকই—হৌজিক য়াম্না মবাংকাইনা কীর্ত্তন তৌদ্রিবসি কনানা তৌ হাঙ্গইদুনা তৌরিবনো? হিন্দু ধর্ম্ম চংলা মীশিংনা মমাংদা অসুম্না তৌরমদে। হৌজিক পূক শান্নগা লোইনদুনা লউনা হরিধ্বনি তৌবিবসি কনানা ইনশিন্দুনা তৌরিবনো মত্র কনাব্ কি ন তৌরিবনো? ঙসিদি ঙাকপিবগে, মতু দদি চেকশিনগদবনি, কনাগুম্বা অমত্তনা কীর্ত্তন তৌব য়াগোই, তৌরবদি মাবু ফাদুনা থমগদবনি অদুগা মাগী শেনথুম লৌ ইংখোল সম্পত্তি পুম্নমক সবকারনা ফাদুনা (বাজেয়াপ্ত) লৌগদবনি, অসিদসু নত্তনা মশা মচু অাং শাহংদুনা মুসলমান (পাংগন) ওলহনগদবনি। মাথং অসি মী পুম্নমক্না বাউরোইদবনি।”

প্রভু আজ্ঞা দিলযাহ, করহ কীর্ত্তন।
আমি সংহারিব আজি সকল যবন॥ ১২৪
ঘরে গিয়া সবলোক করে সঙ্কীর্ত্তন।
কাজীর স্বভগে স্কন্দ নহেচমকিত মন। ১২৫
তা-সভার অন্তরে ভয় প্রভু মনে জনি।
কহিতে লাগিলা লোকে শীঘ্র ডাকি আনি। ১২৬
নগরে আজি করিব কীর্ত্তন।
সন্ধ্যাকালে কর সভে নগর মণ্ডন॥ ১২৭

অর্থ ঃ-

কীর্ত্তনহুম তৌরুরো হাঙ্গনা তাকপিরে প্রভুনা।
ঙসি মুসলমাল পুম্নমক মাঙহনগনি ঐনা॥ ১২৪
মী পুম্নমক যুমদা কীর্ত্তন তৌখরে চৎলগা।
কাজীগী কিবনা ব্লারে পুক্লিংগা হকচাংগা॥ ১২৫
মযামগী পুক্লিংদা কিবা উরে প্রভুনা।
মখোইদা হাঙ্গৈবা হৈরক্লে থুনা কৌশিন্দুনা। ১২৬
ঙসিদি সহর শীঙ্গুনা কীর্ত্তন তৌগনি।
যাচংবদা সহর ফজহনবা গোইথোকনি॥ ১২৭

---

গৌর কৃপা-টীপা

১২৩ ২৪। কাজীনা ধমকা তৌবমগা হনখ্রে। লোকদদি নদাবাগী মী পুম্নমক্না কাজীবু কিজুনা মহাপ্রভুগী মফমদা হঙ্গৎলবে। প্রভুনা মযামদা হাঙ্গনকই—"নখোঙ্গ বরিস্নু কিরুগন্নু, যুমদা চৎলগা কীর্ত্তনহুম তৌরু, যবন পুম্নমকপু ঐনা মাঙহনগনি।" যবনগী স্বভাব কীর্ত্তন থিংবা অহু কোকহনগনি।

১২৫-২৬। প্রভুগী য়াথংদগী মী পুম্নমক মযুম-মযুমদা, কীর্ত্তন তৌবা হৌরে, তৌইগুম্নসুং মহৌশাগুম্না থৌনা ফনা নিংতাইদনা কীর্ত্তন তৌবা [illegible], [illegible] লাকুনা উৎপাত তৌবরগদি ঐখোঙ্গ করম খাঙনি হায়না [illegible] [illegible] প্রভুনা মখোইগী মপুক্লিং অহু খঙলহনা শৌঙনা ঃ ঈরক [illegible] ১২৭ [illegible] মযামদা

সন্ধ্যাতে দেউটী সব জ্বাল ঘরে ঘরে।
দেখোঁ কোন কাজী আসি মোরে মানা করে? ॥ ১২৮
এত কহি সন্ধ্যাকালে চলে গৌর রায়।
কীর্ত্তনের কৈল প্রভু তিন সম্প্রদায় ॥ ১২৯
আগে সম্প্রদায়ে নৃত্য করে হরিদাস।
মধ্যে নাচে আচার্য্য গোসাঞি পরম উল্লাস ॥ ১৩০

অর্থ :—

যাচংবদা যুম খুদিংদা দিউটি থাল্লু লোইনা।
যেংসি ঐবু কররম্বা কাজীনা খাম্বা লাক্কুন? ॥ ১২৮
যাচংবদা অসি হাঙ্গইদুনা থোরক্লে প্রভুনা।
কীর্ত্তনবু সম্প্রদায় অহুম থোকহল্লে গৌরনা ॥ ১২৯
অহানবা সম্প্রদায়'দুদা জগোই শাই হরিদাসনা।
মরাইদা জগোই শাই য়াম্না নুংঙাইহনা অদ্বৈতনা ॥ ১৩০

---

গৌর-কৃপা-টীকা

করি পরিগুম্বা লাইরিক্তা মথাগী অস্পন্ন ইবা যাওই, মাহুদি।—"সহর থুনা কীর্ত্তন তৌগানি ফজনা ওসি। কররম্বা কাজীনা ওম্বা খুগাইবা যেংসি ॥ ১২১। যচংবদা সহর শেম্বা পূর্ণনক লোঃসি। সম্প্রদায় অহুম্না কীর্ত্তন ফজনা তৌসি ॥ ১২৮। যাচংবদা যুম খুদিংদ দিউটি থাল্লু লোইনা। যেংসি, ঐবু কররম্বা কাজীনা খাম্বা লাক্কুনা।" ১২৯) অদুম হাঙ্গনা হাঙ্গবরগী মতুংদা "ওসি সম্প্রদায় অহুম্না কীর্ত্তন তৌগনি' শকপ মচেৎ অসিনা হেন্না ইবা যাওই।

১২৯ ৩০। কারু পুদুনা মপাল থোরক্লে। কারু (সম্প্রদায়) অহুম থোক্লা খযদোক্লে। অহানবা কাংবুদা শ্রীল হরিদাসকী কাংবু, নথাংগী কাংবুদা শ্রীল অদ্বৈত আচার্য্য অমস্তুং মতুংদা শ্রীমন মহাপ্রভুগা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু জগোই শাবা হৌরক্লে। কনা কনাগুম্বনা হাঙ্গনৈ, শ্রীল হরিদাস ঠাকুর মুসলমান ধর্ম্ম থাদোক্কুনা হিন্দু ধর্ম্ম ওইখ্রিবনি, অদুনা মহাকপু হুইগী মমাং থাহনাসি, মরমদি- মাবু উবগা মুসলমানশিংনা শাউননবা। অদুগা শ্রীল অদ্বৈতগী কৃপাদগী শ্রীল হরিদাস বৈষ্ণব ওইখ্রিবনি, মরম অদুদা মাবু অমুক উনদা খবা হেন্না শাউননবগীদমকময়াযদা শ্রীল-অদ্বৈতবু অনিগুবা কাংবুগী

পাছে সম্প্রদায়ে নৃত্য করে গৌরচন্দ্র।
তাঁর সঙ্গে নাচি বুলে প্রভু নিত্যানন্দ ॥ ১৩১
বৃন্দাবন দাস ইহা চৈতন্য মঙ্গলে।
বিস্তারি বর্ণিযাছেন প্রভু কৃপাবলে ॥ ১৩২
এই মত কীর্ত্তন করি নগবে ভ্রমিলা।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে সভে কাজী দ্বারে গেলা। ১৩৩
তর্জ্জগর্জ্জ করে লোক, করে কোলাহল।
গৌবচন্দ্র-বলে-লোক প্রশয়-পাগল ॥ ১৩৪
কীর্ত্তনেব ধ্বনিতে কাজী লুকাইল ঘরে।
তর্জ্জনগর্জ্জন শুনি না হয় বাহিরে ॥ ১৩৫

অর্থ : –

তুংগী সম্প্রদাযদা জগোই শাই গৌরচন্দ্রনা।
নাগা লোঙ্গৈনতুনা জগোই শাই নিত্যানন্দনা ॥ ১৩১
চৈতন্য মঙ্গলদা মাসি বৃন্দাবন দাসনা।
প্রভুগী কৃপানা ইখ্র যাম্না শন্দোকনা ॥ ১৩২
ময়্না কীর্ত্তন তৌদুনা সহরদা কোঙ্গৈরকে।
কোঙ্গৈরকপদা পুনমক্না কাজীগী থৌরক্লে ॥ ১৩৩
মাযাম তুং। লাউনবকে ইলাং-নাংনরে।
গোবচন্দ্রগী শক্তিনা মী মযাই কানবে ॥ ১৩৪
কীর্ত্তনগী খোঞ্জেন তাবদা কাজা লোংলে যুমদা।
ময়াম্না লাউবা তাবদা থোক্লক্তে মপান্দা ॥ ১৩৫

---

## গৌব কৃপা টীকা

খনফদে। গঙ্গ স্নু নযক্না ফত্ত- হা দ লৈবনস্নু মাগী মগুণ নাত্তদে, অহুগ্রাহুন। বৈষ্ণবকীনু মগুণ মাঙবা লৈতে। চৈঃমঙ্গল ১০১।

প্রকৃতিগী পলথ মতমদা ব্রহ্মাস্নু প্রলয য়াওই শিখি। মাসিদা শিদবদি শ্রীকৃষ্ণ অম ং মগা গী ভক্ত বৈষ্ণশিদনি, সংসাবাশিংদি পুম্নমক শিএ। বৈষ্ণবতি প্রাকৃত অমসুং নিম্বথী নতে। নিত্য দেহনি। (নাবদ পঞ্চ রাত্র ১৪২)।

প্রভু বোলে, আমি তোমার আইলাম অভ্যাগত।
আমা দেখি লুকাইলা, এ ধর্ম্ম কেমত?॥ ১৩৯
কাজী কহে, তুমি আইস ক্রুদ্ধ হইয়া।
তোমা শান্ত করাইতে রহিনু লুকাইয়া॥ ১৪০
এবে তুমি শান্ত হৈলে, আছি মিলিলাম।
ভাগ্য মোর, তোমা হেন অতিথি পাইলাম॥ ১৪১

অর্থ :—

প্রভুনা হাঙী ঐ অতিথি ওইনা লাক্লিবনি।
ঐবু উয়গা লোৎপদি করি ধর্ম্ম ওইনি॥ ১৩৯
কাজীনা হঈ নংদি শাওনা লাক্লবনিনা।
তপথহনগে হাঙীদুনা ঐ লৈকয়ে লোৎতুনা॥ ১৪০
হৌজিক তপথয়ে নীংজনা ঐ থোরক্লবনি।
নংবু অতিথি ফংলবা ঐগী লাইবক ফবনি॥ ১৪১

গৌর-কৃপা-টীকা

থুগাইবনে তৌবে। মতম অসিদা কাজীদি ঈমদা লোৎতুনা লৈবি। মহাকপু ডাকপেনবা সিপাই ডাকথানচিংবা যাম্না লৈবনি। অদুবু কর্কতনে থি ননবগীদমক মং অমত্তং (কুইবেলদ) ফাওবা থোংলক্রে। নরি মবমথনো থেংনোক্লিনা মহাক্না ফুমদা বিনা তোংলিবনো? পাওখুমদি নিংথৌগী শক্তিদি অচম্বা (প্রাকৃত শক্তিনি। থবক অচা অমা তৌজ হাঙীবা খণ্ডনবত্তনি।

কাজীগী পুমদা থুংগুবিবা, কীর্ত্তন তৌগনি মহাক অসিদি—অনন্ত কোটি বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা ঐশ্বর্য্য শক্তি, অনন্ত কোটি অপ্রাকৃত (চন্দবা) বৈকুণ্ঠদা লৈরিবা ঐশ্বর্য্য শক্তি, পূম্নমক অসি মহাকীনি। শক্তি মখল অসিগা নিংথৌগী শক্তিগা চংনয়ককরবদি নিংথৌগী শক্তিদি শ্রীগৌরাঙ্গগী শক্তিগী উপুনা মরিক অমদগীসু হন্থখরে। ফুমিং কোটিগী মণ্ডানগা তন্দনগী মণ্ডানগা (খদোতকের) চাংতম্নবদগীসু চেন্না হন্থখরে। মরম অদুনা ঙসি তুমিন্না লৈরিবনি হাঙীবদি স্বয়ং ভগবান গৌরচন্দ্রগী শক্তিদা কাজীনা করি তৌবা য়াগনি? তৌকম খণ্ডদফুনা লোৎতুনা থাজবনি। থোংবান মচাদা ঈশিং লৈরিবা অসি

গ্রামসম্বন্ধে চক্রবর্ত্তী হয় মোর চাচা।
দেহসম্বন্ধ হৈতে হয় গ্রামসম্বন্ধ সাঁচা ॥ ১৪২

অর্থ :—

ঐগী লৈকাইগী থুরানি চক্রবর্ত্তী অহুনা।
হকচাং মরীদগী চেংলে লৈকাইগী মরীনা ॥ ১৪২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

সমুদ্রগী ঈশিং কংহুনা লৈবনি, সমুদনা ঈশিং চাউরক্লবদি খোংবান মচানা থুশী তৌবা ওমদে সমুদ্রদা অহুম ত্তিনবা মশানা ত্তাবনি।

১৩৯। কাজীনা কিরে হাঈ-হু খুডলহুনা অশিংবগী মকেংক প্রভুনা হাঈরকই—"ঐনা নংগী মমুমদা অতিথি হৈবরে অহুগা নংনা ঐবু উরগা লোৎহুনা লেরিবদি করম্বা লৈবাকমচা তাবা মীনা তৌনবগে? নংনা তৌবিবা অসিবু কবি ধর্ম্মনো।" মী অতুগী মমুমদা অতিথি থুংওরবদি মশামক্লা থোরক্লুনা ওকৃপা হৌনৈ, লমচং খঙব মীনা অস্নুম্মা ত্তৌনৈ।

১৪০—৪১। কাজীনা হাঈনিবা পযাব অনির্শিগী ভাবতি: নংনা অতিথিগী মতৌওম্মা লাকই হাঈবসি পুক্লিংনা নীংদে, মবমদি অতিথিনা শাওনা লাকপা হৌনদে, নংদি শাওনা লাকই, নংগী মীনা লাউ-খোংবা তৌই, লৈকান-নুম থুগাই পূম্নমক অসি নং নশামক শাওব্রগস্ম অশাওবগী খুদমদি উৎলি। পূম্নমক অসি খন্নবনুসি, নংনা অতিথি ওইনা ঐগী মুমদা লাক্লিবনি হাঈনসি তাদা ঐগী লাইবক ফবা ওহংগ্রে মরমদি- নংগুম্না অতিথি ফংবা অসি মী পূম্নমকী লাইবক্ত খোক্লোই, অত্যাওবনি।"

১৪২—৪৩। মতুংগী ১৭১—৭৮ পয়ারদগী খঙবা ওমই, কাজী যাম্না কিবে, মাহুদা প্রভুনা তাকপিরবই; কাজীগী আতিথি ওইনা মহাক লাকলিবনি, রাঙা অসি তাজবদা কাজী খর খর্না মেমজরে আশা অমা লাক্রে, আশা অসিগী মতুংইন্না প্রভুন চে মনবগী দমকমি হাঈদুনা গ্রাম-সম্বন্ধগী মরীপতা থোক্লবগী রা হৌদোরকপনি।

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী হয় তোমার নানা।
সে-সম্বন্ধে হও তুমি আমার ভাগিনা॥ ১৪৩
ভাগিনার ক্রোধ মামা অবশ্য সহয়।
মাতুলের অপরাধ ভাগিনা না লয়॥ ১৪৪
এই মতে দোঁহার কথা হয় ঠারে ঠোরে।
ভিতরের অর্থ কেহো বুঝিতে না পারে॥ ১৪৫
প্রভু কহে-প্রশ্ন লাগি আইলাম তোমার স্থানে।
কাজী কহে আজ্ঞা কর যে তোমার মনে॥ ১৪৬
প্রভু কহে গোদুগ্ধ খাও, গাভী তোমার মাতা।
বৃষ অন্ন উপজায়, তাতে তেঁহো পিতা॥ ১৪৭
পিতা মাতা মারি খাও এবা কোন ধর্ম্ম?।
কোন বলে কর তুমি এমত বিকর্ম্ম?॥ ১৪৮

অর্থ :—

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীহু নংগী নপুবোকনি।
মাগী মরীদা নং অসি ঐগী ইমহাকনি॥ ১৪৩
ইমহাকী অশাওবা অহু খাওবনি মামানা।
মাতুলগী অপরাধহু লৌবিরোই ইমহাক্না॥ ১৪৪
ইঙ্গিংনা মখোঙ্গ'নি ভাংনৈ ব্রা মতৌ অহুম্ম।
মহুংগী অর্থ খঙথিদে কনা অমতনা॥ ১৪৫
প্রভুনা হাঙ্গ—লাক্লিবনি 'সিদ: ব্রা হংনীংহুনা।
কাজীনা খুম্মৌ—তাওপিয়ু নীংব'হু পুক্লিংনা॥ ১৪৬
যনবীনা ইমানি শংগোম চাবনা,—হাঙ্গ প্রভুনা।
যল্লাবনা ইপানি চাক থোকহল্লী মহাক্না॥ ১৪৭
করম্বা ধর্ম্মনো ইপা ইমা হাৎলগা চাবা?।
কনানা তৌহল্লিবনো থবক'সিবু চুমদনা?॥ ১৪৮

গৌর-কৃপা টীকা

১৪৯। কেতাব—ব্রায়ী-লাইরিক। কোরাণ—মুসলমানশিংগী ধর্ম্মগী লাইরিক মমিংদি কোরাণ কৌই।

কাজী কহে তোমার বৈছে বেদ পুরাণ।
তৈছে আমার শাস্ত্রকেতাব কোরাণ ॥ ১৪৯
সেই শাস্ত্রে কহেপ্রবৃত্তি-নিবৃত্তি-মার্গভেদ।
নিবৃত্তি মার্গে জীবমাত্র-বধের নিষেধ ॥ ১৫০
প্রবৃত্তি মার্গে গোবধ করিতে বিধি হয়।
শাস্ত্র আজ্ঞায় বধ কৈলে নাহি পাপভয় ॥ ১৫১
তোমার বেদেতে আছে গোবধের বাণী।
অতএব গোবধ করে বড় বড় মুনি ॥ ১৫২

অর্থ :—

কাজীনা হাঙ্গ-নখোঙ্গী বেদ পুরাণ্না তৌবগুম্না।
ঐখোঙ্গীস্থ তৌই কোরাণ কেতাব শাস্ত্রনা ॥ ১৪৯
প্রবৃত্তি-নিবৃত্তি লম্বেল অনী লৈ শাস্ত্রদা।
জীব হাৎপা শুকৃয়া য়াদে নিবৃত্তি লম্বেন্দা ॥ ১৫০
প্রবৃত্তি মার্গদা বিধি লৈ যণ হাৎননবা।
শাস্ত্রদা লৈবনা পোক্তে হাৎপদা চিংনবা ॥ ১৫১
নখোঙ্গী বেদদা হাৎপা য়ানবা ৱায়েল্লী।
অতুনা অচৌ-অচৌবা মুনিনা যণ হাৎলী ॥ ১৫২

---

গৌর-কৃপা-টীকা

১৫০ কোরান—শাস্ত্রদা প্রবৃত্তি মার্গ কৌবা ( মশাগী মুংঙাইবা থিবা ) অমঃ ৎ 'নবৃত্তি মার্গ কৌবা ( মশাগী মুংঙাইবা থিদবা ) ধর্ম্মগী লম্বেল অনি লৈ। ইন্দ্রিয় লাকৃশিনবগী মরমদগ্ হিন্দুশাস্ত্রদস্থ লম্বেল অনি-অনি লৈ। নিবৃত্তি মার্গদা ইন্দ্রিয়গী করিগুদ্রা নীংবা থুংনবগী য়া লৈত্তে; প্রবৃত্তি মার্গদা ইন্দ্রিয়গী নীংবা থুংননবগী ৱা য় ওরি। প্রবৃত্তি মার্গদা পাম্বা মীশিংনা হাঙ্গৈরিবদি-ইন্দ্রিয়না লাম্নকপা মতমদা করিগুম্বা খরা পীজদ্রবদি ঈশিং অচেনবা থিংবগী মতৌগুম্না অমুম কনখৎলকই খৌরাংবা হেনগৎলকই, ইন্দ্রিয়বু থূত্থম চনবা ওয়ক্কে। মরম অতুনা ইন্দ্রিয়দা ৎতিক চানা পিজদ্রবস্তু প্রবৃত্তিগী ঈচেন্দা ৎশেংনা আত্মসমর্পণ তৌরুদ্রবস্থ মরক মরক্তা খরা খরা পিজদ্রনা ৎসুম খরা খরা ইন্দ্রিয় থুত্থম চনগদবনি। খৌরম ভাব অসিগ্না ৎতুং ইম্না হিন্দু শাস্ত্রদা যজ্ঞদা শা হাৎপগী নিয়ম

প্রভু কহে বেদে কহে গোবধ নিষেধ।
অতএব হিন্দুমাত্র না করে গোবধ॥ ১৫৩
জীয়াইতে পারে যদি, তবে মারে প্রাণী।
বেদ পুরাণে ঐছে আছে আজ্ঞাবাণী॥ ১৫৪
অতএব জরদগব মারে মুনিগণ।
বেদমন্ত্রে শীঘ্র করে তাহার জীবন॥ ১৫৫
জরদগব হঞা যুবা হয় আর বার।
তাতে তার বধ নহে হয় উপকার॥ ১৫৬
কলিকালে তৈছে শক্তি নাহিক ব্রাহ্মণে।
অতএব গোবধ কেহো না করে এখনে॥ ১৫৭

অর্থ :—

প্রভুনা হাঙ্গী বেদদদি ষণ হাৎনবা ইদে।
মরম অতুনা হিন্দুদি ষণ শুপহাৎ-হাৎনদে।। ১৫৩
থরাই হি হনবা ওম্নবদি হাৎপা য়াবা লৈ।
বেদ পুরাণ্ডা অসুম্না যাথং পীতুনা লৈ।। ১৫৪
মরম'তুনা ষণ হন্নুবা হৎলী মুনিশিংনা।
বেদ মন্ত্রনা হিংহলী থুনা অমুক হন্না।। ১৫৫
ষণ হন্নবনা অমুকা হন্না পাথং ওই।
মাসিদা মাবু হাৎোকপা কৌদে ফনবা ওহ।। ১৫৬
কলিকালদা অতুম হাঙ্গনা ব্রাহ্মণগী শক্তি লৈত্রে।
মরম সিনা হৌজিক মীনা ষণ হাৎপা য়াবা লৈত্রে।। ১৫৭

## গৌর-কৃপা-টীকা

লৈবম্মী। মীনা শা চাবা য়ারম্মী। মরম কয়ামুক্তা শা চাবা য়াদে হাঙ্গনা শাস্ত্রদসু শিংতি, অশুম্না, অরাঙ্গবা রাথন্দদ শা চাদবা ওম্নবদি য়াম্না কৈ। চাদবা শুমদবা, চ নিংবনা হেস্তিনবা মীশিংগীদমক্তা যজ্ঞদা শা হাৎলগা চাবা য়াই হাঙ্গবনি। যজ্ঞদা শাহাৎপা য়াই হাঙ্গহুনা ফংওবা মকমদা শা পংহাৎতা হাৎতুনা চাবদি য়াদে—হাঙ্গ-রিবসিগী অর্থনা ইন্দ্রিয়বু অসুম খরা-খরা লাকসিনবা হৌনৈ হাঙ্গবনি। মওং অসিগী লম্বেনবু প্রবৃত্তি মার্গ (মশাগী শুংঙাইবা থিবা) কৌই।

## গৌর-কৃপা-টীকা

অদুগা নিবৃত্তি মার্গ ( মশাগী মুংঙাইবা থিত্রবা ) চৎপা পাম্বা নীশিংনা হাঙ্গৈরিবদি—প্রবৃত্তি মার্গ অসি ইন্দ্রিয় লাক্‌শিনবা তম্বা নত্তে, মৈদা ঘী হৈজিন্নগা মৈরী চাওখৎলকপদৌনা যজ্ঞগী মরম ওইরবস্‌ চানিংঙাই খজিক্রংবু ফংলবদি খোরাংবগী মৈচাক হেজিন্নকই। মরম অদুনা [মখোইনা হাঙ্গৈরি—য়াম্না কম্না ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা ওন্নবা হোৎনগনি—ইন্দ্রিয়না খোরাংলকপদা করিগুম্বা অমত্তা পিজদবা অদুবু থাজৈশেংবা ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা ওম্বা কৌই; মসি অদুম্বা নিবৃত্তি মার্গ ( মশাগী মুংঙাইনবা থিদবা ) কৌই।

যজ্ঞ তৌবদা শা হাৎপগী বিধি লৈ হাঙ্গৈবসি, শা ইহাৎ-হাৎত্রবদি শা য়াওত্রবদি যজ্ঞ তৌবা য়াদে হাঙ্গৈবগী অকনবা অপুনবা রা লৈতে; যজ্ঞদা হাৎলুরিবা শা অদু চাদবা য়াদে হাঙ্গৈবগী রাসু লৈতে। চাদবা ওমলবদি চাদবনা কৈ।" যজ্ঞদা শা হাৎলিবা অসিদি চানিংদনা হাৎপনি।

তৌইওবসুং নিবৃত্তি মার্গ পাম্বা মীশিংদি ইন্দ্রিয়না খোরাংদুনা চানিংলকপা পোৎ অদু পিজদে থিংদুনা থম্মী, মখোইদি যজ্ঞদা শা হাৎপসু যাদে থিংঙি; মরম অদুনা নিবৃত্তি চৎপা মীশিংদি করিগুম্বা জিব অমত্তা হাৎপা য়াদে। চাক থোংবদা, গুম্বন্দা ফৌগুবদা, ( ঢেকিদা ), ঈশিং শনাবুলগী মখাদা, হঙ্গৎ-হন্দা চৎপদা মীওইবা ঐখোয়না উ না। উ-না,—খঙ্‌না-খঙনা অমসুং উদনা-খঙহৌদনা জীববু মাংহনখিবা য়াওরকই, মসিদসু পাপ লৈ হাঙ্গৈদুনা পাপকী প্রায়শ্চিত তৌনবা থৌবাং লৈ।

১৫১। প্রবৃত্তি মার্গদা কোরাণ শাস্ত্রদা ষন হাৎপগী বিধি লৈ, শাস্ত্র বিধি লৈ হাঙ্গৈদুনা ষণ হাৎপদা চিংনবা লৈতে।

১৫২। কাজীনা হাঙ্গৈরকই—"কোরাণ্ডা ষণ হাৎপা য়াবগী রা লৈ, অদুগা কোরাণ অমসুং বেদমসু ষণ হাৎপা রাই হাঙ্গৈদুনা অচৌ-অচৌবা মুনিশিংনা ঋষিশিংনা ষণ হাৎলম্মী।"

১৫৩—৫৭। কাজীগী রা তারবদা প্রভুনা হাঙ্গৈরকই—"বেদদা ষণ হাৎপা য়াদে, মরম অদুনা হিন্দুশিংনা হৌজিক ষণ হাৎনদে। বেদ অমসুং পুরাণ্ডা ইবিবদি—কনাগুম্বনা

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে কৃষ্ণ জন্মখণ্ডে ( ১৮০। ১৮৫ )—
অশ্বমেধং গবালম্ভং সন্ন্যাসং পলপৈতৃকম।
দেবরেণ সুতোৎপত্তিং কলৌ পঞ্চ বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৭

তোমরা জীয়াইতে নার বধমাত্র সার।
নরক হইতে তোমার নাহিক নিস্তার ॥ ১৫৮

অর্থ :—

নখোঙ্গীদি হিংহনবা ঙমদে হাৎপদা মহৈরে।
নোরোক্তগী কোক্লনবা মরমদি লৈতরে ॥ ১৫৮

## গোর-কৃপা-টীকা

ষণ অত্থু হাৎলগা অমুক হিংহনবা ঙম্নবদি ষণ হাৎতুনা যজ্ঞতৌবা ( গোবধ যজ্ঞ ) মাই। খাইনা মমা ভৈদা মুনিশিংগী শক্তি যাম্না লৈরমী, মরম অদুনা মখোঙ্গনা ষণ অহন ওইরবা হমুবা হাৎনগা যজ্ঞ তৌই, মতুংদা অমুক বেদ মন্ত্র শোন্দুনা শিঞ্চবা ষণ অত্থু হিংহল্লী, হিংলকপা এতমদদি মহৌশাগী হমুবা ষণ ওইহন্রে, মপাঙ্কল কল্লবা ষণ লাবা-মচা ওইহল্লী। মতো অসিদা মুনিশিং অদুনা যাগী কবি গুম্ব। মাওননবা অমত্তা তৌরমম্রে, ফননবা তৌবা ওইব মু—থাঙ্গেশেবা থ্বাইনা হাৎনাববা অম্মুমদৌনা হাৎপা ওইরমম্রে।

কলেবালগী ব্রাহ্মণশিংনদি মমাংঙৌগী মতৌগুম্না শক্তি লৈত্রবনিনা মখোঙ্গনা করিগুম্বা মরাই পানবা অংত্তা হিংহনবা ঙ দে, মরম অদুনা কলিদা ষণ হাৎপা থিংলে। "কলিদা ষণ হাৎপা শিংনবগী প্রমাণ ওইনা মখাদা" শ্লোক অমতং উচ্চরি।

শ্লোক। ৭। অন্বয়। অশ্বমেধং ( অশ্বমেধ যজ্ঞ ) গবালম্ভং ( ষণ হাৎপা যজ্ঞ ), সন্ন্যাসং ( বেদগী সন্ন্যাস ), পলপৈতৃকম ( শা ঙানা ইপাগী শ্রাদ্ধ শোনবা ), দেবরেণ মপুরোইবগী মনাও অংতানবনা ) সুতোৎপত্তিং ( মচাপোকপা ) [ ইতি ] ( অসুম্না ) পঞ্চ ( মঙা ) কলৌ ( কলিযুগতা ) বিবর্জ্জয়েৎ ( থাদোকনি )।

অনুবাদ। অশ্বমেধ যজ্ঞ ( শগোল হাৎতুনা যজ্ঞ তৌবা ), গোমেধ যজ্ঞ ( ষণ হাৎতুনা যজ্ঞ তৌবা ), মায়াবাদী সন্ন্যাস, শ-ঙানা ইপাগী শ্রাদ্ধ শোনবা, মপুরোইবগী মনাওগা মচা পোক্লবা, মঙা অসি, কলিযুগতা তৌরোইদবনি। ৭

১৫৮-১৫৯। মাইনা মমাংঙৈগী ঋষিশিংনা অসিবা পোৎপু হিংহনবা ঙমই ; মরম অদুন মখোঙ্গনা ষণ হাৎলমস্মু অমুক হিংহল্লী, খ্বাইনা ষ। হাতুনা যজ্ঞ তৌই হাঙ্গনরিবা অসি মাহৈশবা শিংবগী রাদি ঋষিশিংনা ষণ হাৎলমদে। রৌরব—নরককুণ্ড অমগী মমিং।

গরুর যতেক রোম, তত সহস্র বৎসর।
গোবধী রৌরব মধ্যে পচে নিরন্তর॥ ১৫৯
তোমা—সভার শাস্ত্র কর্ত্তা—সে হো ভ্রস্ত হৈল।
না জানি শাস্ত্রের মর্ম্ম—ঐছে আজ্ঞা দিল॥ ১৬০
শুনি স্তব্ধ হৈল কাজী, নাহি স্ফুরে বাণী।
বিচারিয়া কহে কাজী পরাভব মানি॥ ১৬১
তুমি যে কহিলে পণ্ডিত! সেই (সব) সত্য হয়।
আধুনিক আমার শাস্ত্র-বিচার সহ নয়॥ ১৬২

অর্থ :—

বণগী মতু মশীং অত্তুক চহি লিশীং অত্তুক।
রৌরব নোরোক্তা পুমত্নুনা লৈগনি মতম অত্তুক॥ ১৫৯
পাণ্ডন নখোঈনা লৌরিবা শাস্ত্র অদু শোঈরে।
শাস্ত্রগী অর্থ খণ্ডনা লায়না তাকপিবে॥ ১৬০
তাবদা পণ্ডথরে কাজী রা ভাংখিদরে।
মাঈথীরে হাঈনা থন্দুনা কাজীনা হাইজরে। ১৬১
পণ্ডিত নংনা হঈরিবদু অচুম্বা ওাত্তনি।
হৌজিক কাংগী মুসলমানগী শাস্ত্র বিচার শোঈবনি॥ ১৬

গৌর-কৃপা-টীকা

১৬০। অমুক হন্না হিংহনবা ওমত্রবদি বণ হাংপ অদু। দোযদি বণগী মশাদা হৌরিবা মতু মশিং অত্তুক য়াম্না, চহি লিশিং অমনা মতু অমগী হিসাবত পাশিন্দুনা মতু মশিং অত্তুক চহি লিশিং অত্তুক রৌরব নোরোক্ত তগদনি; মাদি খন্দন মুসলমান নখোঈগী শাস্ত্র লেংলিবা (ইরিবা) নীপা অত্তুনা প্রবৃত্তি সর্গদা বণ হাংপা যাই হাইন ইশিল্লে। ১৫৩—৬০ কাজীগী মফমদা প্রভুনা হাইবা।

১৬২। মুসলমান ধর্ম্ম শন্দোকপা হজরত মহম্মদনা কোরাণ শন্দোকলম্বী, খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা (৫৭০ খৃঃ অদগী ৬৩২ খৃঃ অ. ফাওবা) মহম্মদ লৈরম্মী। হিন্দুগী বেদ পুরাণ্তি মাসিগী অমা মমাংদনা শন্দোক্নুনা লৈরম্লনি। কোরাণনা

কল্পিত আমার শাস্ত্র, আমি সব জানি।
জাতি অনুবোধে তবু সেই শাস্ত্র মানি।। ১৬৩

অর্থ :-

শেমজিনবা শাস্ত্র ঙাক্তনি ঐ ঙম্না খঙবনি।
জাতিনা হাইজরক্লগা শাস্ত্রনা য়াবনি।। ১৬৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

ইরিবদি আরব লৈবাক্তনি; মরম অসিনা কোরাণ চাবগী মরমদা অয়াবা-য়াদবা থাইঙ্গনা ইরিবসি মতম অতুগী আরব লৈবাক্তা লৈরম্বা মীশিংনা খন্নহুনা অপাম্বা মতুংইন্না ইবনি। মুসলমানগী কোরাণ শাস্ত্র অসি বিচারগা লোইননা য়েংলবদি চুম্মী হাঙ্গনা পুক্লিংনা নীংদে। প্রভুনা বা হাংপগী মরমদা কাজীদা হংবদা, কাজীনা খুম্বা মতমদসু বণ হাংপা অসি আত্মধর্ম নত্তে হাঙ্গনা খুমখি।

১৬৩। মুসলমানগী শাস্ত্র অসি ইরিবা নীপা অহুনা অপাম্বা শেমশাহুনা ইবনি। কাজীগী মচিন্দগী মুসলমানশিংগী শাস্ত্রগী মবমদ' বিচার য়াওদে' অমসুং 'শাজিনবনি' হাঙ্গবা, মাহে অনি অসি থোকখি, মাসিগী মরমদা কাজীগী মপুক্লিংগী ভাব ফোংদোক্লিবদি বনা কনাগুম্বা মুসলমান্না কোরাণ শাস্ত্রবু য়ারমদে, মশাগী ধর্ম শাস্ত্রগী মরমদা অমুম হাঙ্গনা মোং (মত) ফোংদোকপা অসিগী মরম'দি—মথাগী পয়ার ১৭১—৮০ পাবিরগা খঙবিগনি।

কোরাণ ইখিবা লৈবাক অহুদা মতম অতুদা মফম অতুগী লৈবাক অহুগী মতম অতুগী ফিবম য়েংহুনা কোরাণ ইরিবা নীপা অহুনা বণ হাংননবগী বিধি ইশিনম্বনি।

চৈহি চা কয়ামুক্তী মমাংদা কোয়াণ্ডা বণ হাংপা য়াই হাঙ্গনা ইরমবতু কাজীগী মতম অহুনদি বিচার য়াওবা (বিচার সহ) ওইরমগ্রে,—য়া অসি কাজীনা হাইজিবা য়া অহুগী মহুংগী অর্থনি।

সহজে যবন শাস্ত্রে অদৃঢ় বিচার।
হাসি তারে মহাপ্রভু পুছেন আরবার॥ ১৬৪
আর এক প্রশ্ন করি, শুন তুমি মামা।
যথার্থ কহিবে, ছলে না বঞ্চিবে আমা॥ ১৬৫
তোমার নগরে হয় সদা সঙ্কীর্ত্তন।
বাদ্য গীত কোলাহল সঙ্গীতনর্ত্তন॥ ১৬৬
তুমি কাজী হিন্দুধর্ম্ম বিরোধে অধিকারী।
তবে যে না কর মানা, বুঝিতে না পারি॥ ১৬৭
কাজী বোলে- সভে তোমায় বোলে গৌরহরি।
সেই নামে আমি তোমায় সম্বোধন করি॥ ১৬৮

অর্থ :—

পাওন শাস্ত্র বিচার চেৎতে মহৌশানা।
নোক্লনা হংঙি মাঙোন্দা অম্ক প্রভুনা॥ ১৬৪
রাহং অমগা হংঙ্গরি তাবিয়ু—মামামা।
থাঙ্গশেংবা হাঙ্গীগনি লৌনম তৌবদনা॥ ১৬৫
নংগী সহরদা ৎতনা সংকীর্ত্তন তৌব।
পুং-ইশৈ জগোই ভৎতনা ইনিন্নিনা তৌরি॥ ১৬৬
কাজী নং হিন্দু ধর্ম্মগী যেক্লবা মকোক্নি।
হোজিব নংনা থিংত্রিবসি খণ্ডবা ভদবনি॥ ১৬৭
মীনা নংবু গৌরহরি কৌনৈ, হাঙ্গ কাজীনা।
ঐস্মু নংবু কৌগে মীনা কৌবা মিং অহ্লনা॥ ১৬৮

গৌর-রূপা-টীকা

১৬৪। মহৌশানা অচেৎপা বিচার অমদা নন্দুনা লিংখৎপা মুসলমান ধর্ম্ম নত্তে, মথং-মনাও নাইনা বিচার তৌহনা ইবা নত্তে। যণ হাৎপগী মরমদা প্রভুনা কাজীদা হংবদা কাজীনা তশেংনা পাইথীবা ফংবা য়াখি; মাতুদা প্রভুনা মোমে ন মোনে ন নোক্লনা রাহং অমা হংখি। "মামা" ঐঙোন্দা অচুম্বা রা অমগং হাঙ্গবিয়ু, অচুম্বা রাবু লোংশিন্দগা লৌনম তৌগা রদি হাঙ্গিগনু। বা অহুদি -নংগী সহরদা নৈকাইদা নিত্তিগী সংকীর্ত্তন

শুন গৌরহরি! এই প্রশ্নের কারণ।
নিভৃত হও যদি, তবে করি নিবেদন ॥ ১৬৯
প্রভু বোলে এ লোক আমার অন্তরঙ্গ হয়।
স্ফুট করি কহ তুমি, নাহি কিছু ভয় ॥ ১৭০
কাজী কহে যবে আমি হিন্দুর ঘরে গিয়া।
কীর্ত্তন করিলুঁ মানা মৃদঙ্গ ভাঙ্গিয়া। ১৭১
সেই রাত্রে এক সিংহ মহা ভয়ঙ্কর।
নরদেহ সিংহমুখ গর্জ্জয়ে বিস্তর ॥১৭২

অর্থ :—

তাবিয়ু শ্রীগৌরহরি! নংনা হংলিবহু।
অচিকপা ফংবা মতমদা হঙ্গচ্চগে মাহু ॥ ১৬৯
প্রভুনা হাঙ্গি—মীময়ামসি মহুংগী মী ওাক্লি।
কিরুগনু কোংনা হেক্তা হায়দোকদবনি ॥ ১৭০
কাজীনা হাঙ্গি—হিন্দুগী য়ুম চত্তুনা ঐনা।
কীর্ত্তন থিংলম্মী করতাল পুং থুগাইবিহুনা ॥ ১৭১
অহিং'হুদা নোংশা মকোক্ কিরবা অমনা।
কম্না ওংলম্মী—হক্চাংনা মী ওইহুনা। ১৭২

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

তৌরি, মাহুদা জগোই শাবা, পুং করতালগা লোঙ্গনহুনা কয়া নিনখোংবা তৌরি। নংদি মুসলমান কাজীনি, হিন্দু ধর্ম্ম মাঙনবা তৌগে হাঙ্গবা, নংগী শক্তি লৈবনি। নংনা হিন্দু ধর্ম্মবু মাঙনবা তৌবদা কনানস্থু নংঙোন্দা বা অমতা ঙাংবা ঙম্লোই, তৌইগুম্বস্থুং অহুম্নদি ওইরগা নংনা লাউখোংহুনা তৌম্নিবা কীর্ত্তন অসি থিংত্রিবা করি মরমগীনো?" কাজগী মপুক মনুংদা লৈরিবা (নীংলিবা) বা অহু লপানখোক্না হাঙ্গহনগে হাঙ্গবগীদমক প্রভুনা বা অসি হংলিবনি।

১৬৯। কাজীনা খুমকই—"কীর্ত্তন্দা ঐনা থিংত্রিবগী মরমদি নংঙোন্দা শেংনা হাঙ্গজগে অহুবু মী ময়াম অসিগী মমাংদদি হাঙ্গজনীংদে, নঙোন্দা লোম্না হাঙ্গজগে।"

শয়নে আমার উপর লাফ দিয়া চড়ি.।
অট্ট-অট্ট হাসে, করে দন্ত কড়মড়ি ॥ ১৭৩
মোর বুকে নখ দিয়া ঘোর স্বরে বোলে।
ফাড়িমু তোমার বুক মৃদঙ্গ বদলে ॥ ১৭৪
মোর কীর্ত্তন মানা করিস, করিমু তোর ক্ষয়।
আঁখি মুদি কাঁপি আমি পাঞা বড় ভয় ॥ ১৭৫
ভীত দেখি সিংহ বোলে হইয়া সদয় —।
তোরে শিক্ষা দিতে কৈল তোর পরাজয় ॥ ১৭৬
সে দিন বহুত নাহি কৈলে উৎপাত।
তেঁঞি ক্ষমা করিয়া না কৈলুঁ প্রাণাঘাত ॥ ১৭৭
ঐছে যদি পুন কর, তবে না সহিমু।
সবংশে তোমারে মারি যবন নাশিমু ॥ ১৭৮

অর্থ :—

তুম্বিবা ঐগী ইথক্তা চোংখত্তুনা ফম্লগা।
খেক্লা-খেক্লা নোকৃই মগ্না ক্রক ক্রক চিক্লগা ॥ ১৭৩
পুক্তা খুজিন থিংজিন্দুনা হাঙ্গৈ অকিবা ৱাহৈনা।
নবুক শেগাইগনি পুংগী মহুৎ শিন্দুনা ॥ ১৭৪
সংকীর্ত্তন থিংলিবা নংগী নথৱাই শাঙহল্লগনি।
মিং উইশিন্দুনা কিচুনা নিক্তুনা খাঙখিবনি ॥ ১৭৫
নোংশানা চানবিচুনা হাঙ্গৈ—কিয়ে খঙলহ্নুনা।
নংবু খঙহনবদা ফংলে মাইথীবা নংনা ॥ ১৭৬
নুমিৎ অদু নংনা উৎপাত য়াম্না তৌরমদবনা।
নথৱাইমক্তি মাঙহল্লরোই ঙাকপিরগে ঐনা ॥ ১৭৭
মতুংদা তৌরক্লবদি অমুক ঙাকপিররোই।
শাগৈগা লোইননা নংবু হাত্তুনা হিংহল্লরোই ॥ ১৭৮

## গৌর-কৃপা টীকা

১৭২। হকচাংনা মীগী মূর্ত্তি ওইবা কোক্লা নোংশা ওইনা— মীগী মতৌগুম্না হকচাং ওইবা—খুৎ অনি, চরণ অনি অহুগা কোক্লা নোংশাগী মকোক মানবা। কাজীগী ৱাহৈ অসিদগী খঙনরিবদি—শ্রীনৃসিংহ দেবনা কাজীদা দর্শন পীরে উহল্লে।

এত কহি সিংহ গেল মোর হৈল ভয়।
এই দেখ নখচিহ্ন আমার হৃদয়॥ ১৭৯
এই বলি কাজী নিজ বুক দেখাইল।
শুনি দেখি সর্ব্বলোক আশ্চর্য্য মানিল॥ ১৮০
কাজী কহে—ইহা আমি কারে না কহিল।
সেই দিন আমার এক পেয়াদা আইল॥ ১৮১
আসি কহে—গেলুঁ মুঞি কীর্ত্তন নিষেধিতে।
অগ্নি—উল্কা মোর মুখে লাগে আচম্বিতে॥ ১৮২
পুড়িলা সকল দাড়ি মুখে হৈল ব্রণ।
যেই পেয়াদা যায় তারে এই বিবরণ॥ ১৮৩

অর্থ :—

অসি হাঙ্গৈম্নগা নোংশা চৎখ্রে ঐ য়াম্না কিরে।
অসি য়েংঙু খুজিন মফম্ থবাক্তা লৈরে। ১৭৯
অসি হাঙ্গৈদুনা কাজীনা মবুক্তা য়েংহল্লে।
মী পুম্নমক্না তাবদা উবদা ঙক্নরক্লে॥ ১৮০
কাজীনা হাঙ্গৈ—কনাদসু মাসি তমদে ঐনা।
নুমিৎ অদুদা ঐগী সিপাই অমা লাক্লমদুনা॥ ১৮১
চংলকই—ঐ কীর্ত্তন থিংবা চৎলুই-হাঙ্গৈ মাহাক্না।
ঐগী মাঙ্গৈদা থঙহৌদনা চাক্লে উল্কা মৈনা॥ ১৮২
কোই পুম্নমক চাকখোকখরে মাঙ্গৈদু কাখরে।
মাগী পাউ অসি হাঙ্গৈরগা সিপাই'দু চৎখরে॥ ১৮৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৭৯। কাজীগী মমঙদা উরম্মী মাদুদি -নৃসিংহ দেবনা মহাক্কী মথবাক শেগাইরম্মী; মিকপ থোক্তুনা হৌগৎলকপদসু থবাক্তা খুজিন মফম লৈরম্মী। প্রভুনা কীর্ত্তন পুদুনা লাকপা মতম অদুদসু খুদম দাগ অদু মুৎলমত্রি।

১৮১—৮৩। কাজীদা নৃসিংহনা রায়রকপগুম্না কাজীগী মনাই মীদসু অঙকপা মরাম্নক অমনা রায়রক্লম্মী।

তাহা দেখি বলি আমি মহাভয় পাঞা ।
কীর্ত্তন না বৰ্জ্জিহ, ঘরে রহ ত বসিয়া ॥ ১৮৪
তবে ত নগরে হৈবে স্বচ্ছন্দে কীর্ত্তন ।
শুনি সব ম্লেচ্ছ আসি কৈল নিবেদন— ॥ ১৮৫
নগরে হিন্দুর ধর্ম্ম বাঢ়িল অপার ।
হরি হরি ধ্বনি বিনা নাহি শুনি আর ॥ ১৮৬
আর ম্লেচ্ছ কহে হিন্দুব 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' বলি ।
হাসে কান্দে নাচে গায়—গড়ি যায় ধূলি ॥ ১৮৭
'হরি হরি' করি হিন্দু করে কোলাহল ।
পাৎসা শুনিলে তোমার করিবেক ফল ॥ ১৮৮
তবে সেই যবনেরে আমি ত পুছিল— ।
হিন্দু 'হরি' বোলে তার স্বভাব জানিল ॥ ১৮৯

অর্থ :—

মচু উবদা ঐ যাম্না কিচুনা হাঙ্গৈখিবনি ।
সপাই নং যুমদা লেপ্লো কীর্ত্তন খিংলোইদবনি । ১৮৪
খুল্লক্তা কীর্ত্তন তোপস্নু মাংনং মখা তৌনা ।
তাবদা ম্লেচ্ছ পুম্নমক্না হাঙ্গজবাব লাকুপ্না । ১৮৫
খুল্লগী হিন্দু ধর্ম্মস যাম্না চাওখৎখবে ।
হরি ধ্বনিদা মতাবে অতৈ ধ্বনি তাদরে ।। ১৮৬
ম্লেচ্ছ অমনা হাঙ্গৈ হিন্দুদি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লী ।
নোকৈ কপই হশে শকও উযুংদা ওল্লী ।। ১৮৭
হিন্দুনা নিনখোঙ্ভিওবসে হাব হরি হাঙ্গৈহনা ।
নংগোম্দা দণ্ড পীগনি, তাবগা বাদসাহনা ।। ১৮৮
অতুদগী ঐনা যবন অতুদা হঙিও ।
হিন্দুদি হরি শোনবসি মনাংনি খঙিও ।। ১৮৯

গৌর-কৃপা-টীকা

উন্মাদগী লাকপা মৈনা সিপাই—খোংমী অমগী (দূত অমগী) মকোই চাকুনা মথাই কাখি । তৌংশুনস্নুং কদাইদগী লাকপা মৈনো হাঙ্গৈবহ্ন কনাস্নু খঙনদে । মৈ অপাঙ্গৈবা অসিবু মাতৈ ঐখোঙ্গৈনা "উন্মা" হাঙ্গৈরগা খঙৈ ।

তুমি ত যবন হৈয়া কেনে অনুক্ষণ।
হিন্দুর দেবতার নাম লও কি কারণ?॥ ১৯০
ম্লেচ্ছ কহে—হিন্দুরে আমি করি পরিহাস।
কেহো কেহো কৃষ্ণদাস, কেহো রামদাস॥ ১৯১
কেহো হরিদাস, বোলে 'হরি হরি'।
জানি কার ঘরে ধন করিবেক চুরি॥ ১৯২
সেই হইতে জিহ্বা মোর বোলে 'হরি হরি'।
ইচ্ছা নাহি, তবু বোলে, কি উপায় করি?॥ ১৯৩

অর্থ :-

করিগী যবন ওইরগা নংদি পোথাদনা।
হিন্দুগী লাই শোল্লিবনো মরম করি লৈহ্না?॥ ১৯০
ম্লেচ্ছনা হাঙ্গৈ হিন্দু খিবিকপু নোক্করি ঐনা।
কনা কনানা কৃষ্ণদাস রামদাস ওই খবনা॥ ১৯১
হবিদাসনা হরি শোল্লী মতম অয়াম্বদা।
শেল হুরানগদৌরি নীংঙি অতোপ্পগী য়ুমদা॥ ১৯২
অহুদগী হরি হরি লৈযেংদা হাঙ্গৈখরে।
করি উপায তৌনি ইনাঁং নীঙুদনা শোনখরে॥ ১৯৩

## গৌর-কৃপা-টীকা

১৮৯—১৯০। কাজীনা অমুক্রু অঙকপা রা অমগা হাঙ্গৈরম্মী মাহুদি মুসলমান পুন্নমক্কা হিন্দুগী কীর্ত্তন থিংহন্ত্রে হাঙ্গৈবসি বাদশাহনা তারহুনা মশামক্কা কাজীবু অকিবা পীগে রারকে হাঙ্গৈবগীদমক লাক্লম্মী, মাহুনা পাওন ময়াম অহুগী মরক্তগী পাওন অমদি পোংথাবা মাতনা "হরি হরি" হাঙ্গৈহুনত্তা লৈখ্রে।

১৯১—৯৩। যবন ওইরগা করিগী হরিনাম শোল্লিবনো, কাজীনা মাহং অসি হংবদা মহাক্না খুমখি : -হিন্দুশিংনা কনা কনাগুম্বনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" হাঙ্গৈ, কনানা "রাম রাম" হাঙ্গৈ, কনানা "হরি হরি" হাঙ্গৈ। মরম অহুনা ঐনা নোক্করম্মী "নংদি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনব্রে নংদি কৃষ্ণদাস (কৃষ্ণগী মনাই) ওইবা তারে। নংনা রাম রাম হাঙ্গৈহুনা লাউ-খোংবনিনা

আর ম্লেচ্ছ কহে শুন আমিত এই মতে।
হিন্দুকে পরিহাস কৈল, সেই দিন হৈতে।। ১৯৪
জিহ্বা কৃষ্ণনাম করে, না মানে বর্জ্জন।
না জানি কি মন্ত্রৌষধি করে হিন্দুগণ।। ১৯৫

অর্থ :—

ম্লেচ্ছ অমনা হাঈ তাও ঐস্থ তৌরে মতৌ'ঙুম্না।
হিন্দুশিংবু নোক্নরুবা অতুদগী হৌনা ।। ১৯৪
লৈয়েংদা কৃষ্ণনাম শোন্বা থাদোকপা ঙমদরে।
হিন্দুনা করম্বা মন্ত্র হিদাক তৌবা খঙদরে ।। ১৯৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

নংদি রামদাস ওইবা তারে! অতুগা নংদি "হরি হরি" হাঈনা চোংফনবা তৌরবনি'না, নংদি হরিদাস ওইবা তারে! শোঈদনা বেটাশিংনা অহিংদা কনাগুম্বগী যুমদা হুরান্নবগী মতলব তৌরে, মরম অতুনা মুংথিনগী মতমদা কৃষ্ণ রাম হরি' হাঈহুনা সাধু শাজিন্নহনা মীনা অকা-অপুন তৌরগদবদগী হিংম্নবগীদমক হোৎনম্নি নাপ্লে। "—তৌইংগুম্বাং নিন্দাগী মশক ওইবা কজদবা ময়াম অসি হাঈরবগা তুংদা—কনানা ইনশিল্লনে। হাঈকম খঙদ ঐনা ইহাঈ-হাঈনীংদনা ইনীং-নীংদনা ঐগী লৈয়েংদগী অকৎপা লৈনা মশানা অতুম "হরি হরি" শব্দ হাঈদোকচখি।

১৯১—৯২ পয়ারগী অন্বয় :-ম্লেচ্ছনা হাঈরকই হিন্দুশিংনু নোকুহনা, লৈনা হাঈরম্গী (নখোঈনা) কনানা কৃষ্ণদাস, কনানা রামদাস, কনানা হরিদাস ওইবে। মরম অতুনা মতম লৈবা খিবিক্তা "হরি হরি" হাঈহুনতা লৈরো? (ঐনা) খঙহি, (নখোঈ ঈশোঙ শোঈদনা) কনাগুম্বগী য়ুমদা শেল (ধন) হুরানগদৌরি।

১৯৫। হিন্দুশিংনা মন্ত্র শিজিন্নরবরা নত্রগা হিদাক শিজিন্নরবরা ঐ হাঈকম খঙদে, করিগুম্বা হাঈকম্ খঙদবা অমনা ইয়া-ম্নানীংলমদনা ঐ অসিবু লৈয়েংদ। অতংপা লৈতবা কৃষ্ণনাম শোলহল্লী। পতিত পাবন শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপানা যবনগী মচিন্দস্থ হরিনাম শোলহনখি।

এত শুনি তা সভারে ঘরে পাঠাইল।
হেন কালে পাষণ্ডী হিন্দু পাঁচ-সাত আইল॥ ১৯৬
আসি কহে হিন্দুর ধর্ম্ম ভাঙ্গিল নিমাই।
যে কীর্ত্তন প্রবর্ত্তাইল, কভু শুনি নাই॥ ১৯৭
মঙ্গলচণ্ডী বিষহরি করি জাগরণ।
তাতে বাদ্য নৃত্যগীত—যোগ্য আচরণ॥ ১৯৮

অর্থ :—

অসি তাৱবদা মখোঙ্গী শুম্না থাগ্রে যুমদা।
পাপী—হিন্দু মঙা তরেৎ লাক্লে মমৈথংদা॥ ১৯৬
মখোঙ্গীনা হাঙ্গী হিন্দু ধর্ম্ম মাঙহল্লে নিমাইনা।
মমাংগৌঙদা থদ তাজদে চংনবা কীর্ত্তননা॥ ১৯৭
মঙ্গলচণ্ডী বিষহরি পূজাদা তুমদনা।
মাতুংদা চংনবম্মী পুং জগোয় ইশৈনা॥ ১৯৮

গৌর-কৃপা-টীকা

১৯৬। মুসলমানগী মিচং-চঙনা কীর্ত্তন পামদনা হিন্দু থরনা কীর্ত্তন থিংন্নবগীদমক কাজীগী মফমদা রাকংলম্মবা অসি কাজীনা শাঙ্গৈরম্মনি। পাষণ্ডী হিন্দু কীর্ত্তন পামদনা ভগবৎপু থাজদবা হিন্দু।

১৯৭। অসুম্না কীর্ত্তন তৌবগী বা অসি ঐথোইনা কৈদৌঙেদম তাখিদ্রি। কীর্ত্তনগী ও বত্তি হিন্দু ধর্ম্মনা লৌখতে, কীর্ত্তন অসি অসুম মথং-মথং চথহল্লবদি হিন্দু ধর্ম্ম মাঙবা তারে।

১৯৮। পাষণ্ডী হিন্দুশিংনা মোংতু হিন্দু ধর্ম্মগা মতিক চাবা লমচৎ কয়িনো হাঙ্গীবত্থু মখোঙ্গীনা কাজাদা থঙহল্লে। মাগদি মঙ্গল চণ্ডী নত্রগা মনসা দেবাগী পূজাদা জগোই অমসুং ঈশৈ শক্লুনা অতি তুমদবা অসি হিন্দু ধর্ম্মগী মচুম্বা লমচৎনি। বিষ হরি মনসা দেবী, লিমগী লাহা ম্বীনি। থনাওম্ব লিন কিগননা মীনা লিনগী অকিবা কোক্লনবগীদমক্ মনসা দেবী পূজা তৌই, সাংসারিক মঙ্গলগীদমক কন শুম্বনা মঙ্গল চণ্ডী পূজা তৌই অনি অসি আত্মধর্ম্ম, ভগবদ্ ধর্ম্মগী মসুং চন্দে।

কৃষ্ণের কীর্ত্তন করে নীচ বার বার।
এই পাপে নবদ্বীপ হইবে উজাড়॥ ২০৪
হিন্দুশাস্ত্রে ঈশ্বরনাম মহামন্ত্র জানি।
সর্ব্বলোক শুনিলে মন্ত্রের বীর্য্য হয় হানি॥ ২০৫

অর্থ :—

কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌরে অতোনবা তত্ত্ব খংদবনা।
নবদ্বীপ মাঙবা তারেদো পাপ অসিমক্তুনা॥ ২০৪
হিন্দু শাস্ত্রদা ঈশ্বরগী নাম মহামন্ত্রনি।
মীযম্না তারগা মন্ত্রগী পাঙ্গল লৈতবনি॥ ২০৫

---

গৌর-কৃপা টীকা

২০৪। কৃষ্ণনাম অসিদি মহামন্ত্রগা মান্নে অশেংবনি, ব্রাহ্মণ অচৌবা মীতনা কীর্ত্তন তৌবগী অধিকার লৈ (কীর্ত্তন তৌবা য়াই), অপঙ। তত্ত্ব খঙদবা তোল্লবা জাতিনা কীর্ত্তন তৌবগী অধিকার লৈতে (য়াদে)। নিমাই পণ্ডিতনা অধিকার লৈতবা কাংবুবু কীর্ত্তন তৌহনবগীদমক পাপ পুরা তাবে। পাপ অসিনা অন্থুম পকথোকক্নুনা নবদ্বীপ পুম্নমক অমঙ্গল (অমাঙবা) ওইরগনি। পাষণ্ডী হিন্দু-শিংনা (অভিযোগকারী) য়েংলিবা য়াফম অসি বিচার য়াওদে। ইনাকখুনবা, লাইরবা, অচৌব-মচা, পণ্ডিত-অপণ্ডিত খাক্তনা মী পুম্নমক্না কৃষ্ণকীর্ত্তন তৌবগী অধিকার লৈ (তৌবা যাই)।

শ্রীমন মহাপ্রভুগী আবির্ভাবকী মতমদা নবদ্বীপ্তা হিন্দু ধর্ম্মগী বরি ফিবম ওইরম্বগে হায়বদু কীর্ত্তনবু যেক্নবনি হায়না খল্লিবা হিন্দুশিংগী য়াফ দগী খরা খঙ্জিনবা ঙম্মী। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, শ্রীবাস, মুরারিগুপ্ত অসিনচিবা ভক্ত খবদং অসি নত্তন জাতি হিন্দু অচৌ-অচৌবা কাংবুগী মনুংদা বনা অমত্তনা হরিনাম কীর্ত্তন তৌনরমদে- করিগুম্বা গৌরবন্ত মখোয়গী অচৌবা মর্য্যাদা মণ্ডিহল্লগনা মপুক্না নীংনরম্মী। অদুগা অতোনবা হিন্দুশিংগী মনুংদদি কীর্ত্তনগী চংনবা খরা লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মখোয় অদু ধর্ম্মগী তত্ত্বগী মরমদদি খরা খঙবা য়াংলমী। ২০৪ পয়ার। নবদ্বীপ্তা চাংয়োক্না (মোটা-মোটিদা) ভগবদ ধর্ম্মগী এরম অযাম্বা মুংথিরম্মী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

২০৫। নিমাই পণ্ডিতপু য়ানীংদবা মপাংগী অতোপ্পা হিন্দুশিংনা থোজেল লাউনা নামকীর্ত্তন তৌবা যাদে দোষ লৈ হায়না বকীগী মফমদা য়াবংলম্মী— "হিন্দু শাস্ত্রগী

## গৌর কৃপা টীকা

মতুংইন্না ঈশ্বরগী মিং অসি মহামন্ত্রনি ; মহামন্ত্রদি য়াম্না থুপ্না জপ তৌগদবনি ; অতোপ্পনা তারগা মন্ত্রগী শক্তি য়াংলি, শক্তিগী মতুংইন্না থবক তৌদে। নিমাই পণ্ডিত অসিনা মী ময়াম খোমজনা মহামন্ত্রগী মশক ওইবা হরি নাম (মিং) অসিবু খোঞ্জেল লাউনা কীর্ত্তন তৌহনা লৈকাই খুদিংগী কোঙ্গৈরি, মাসিদা মী পুম্নমক্কী নাকোংনা তারবনিনা নামগী শক্তি মযেং তাহনে—অদুগা মখোঙ্গনা লাউখোংবা অসিদা মীবু ওংপা-নৈবা নত্তনা অতৈ ফল (মহৈ) করিস্থ ফংজোই।"

অভিযোগকারীশিংগী মবৈ চেংলিবশিংগী বাঙাং অসি বিচার য়াশদ্রে। দীক্ষা মন্ত্রনা তুমিন্না জপ তৌগনি ; দীক্ষা মন্ত্র অসি করিনো হাঙ্গবদা শ্রীগৌরাঙ্গনা গয়াদা চংতুনা শ্রীপাদ ঈশ্বর পুরীদগী ফংবা মন্ত্র অদু দীক্ষা মন্ত্র কৌই। ময়েক তরানা লৈতেংবনি, "ক্লীং গোপীজনবল্লভায় স্বাহা" অসিনি। শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার তৌত্রিঙৈদা দীক্ষা- তৌবগী চংনমম্বা—মন্ত্রদি ময়েক তরানিপানগী মন্ত্র ন। দীক্ষা মন্ত্র অসি অতোপ্পনা তারগা শক্তিগী মতুংইন্না থবক তৌদে। তৌহগুম্বম্নং এনাম অসি মহামন্ত্র ওইরবস্থ মরম পুম্নমক্না কীর্ত্তন লাউনা তৌবা য়াই শ্রীল হরিদাস ঠাকুরনা ১৬ নাম লক্ষ অমদি খোঞ্জেল লাউনা নিতিগী শোনখি, শ্রীমন মহাপ্রভুম্ন খোঞ্জেন লাউনা নাম কীর্ত্তন তৌখি অমম্নং সংকীর্ত্তন লাউনা তৌবা শন্দোকখি। (৩।৩।৬৪)।

ময়েক ১৮গী দীক্ষা মন্ত্র অসিনা খ্বাহদগা অংতোইবনি, মাসিনা শ্রীকৃষ্ণবু অতৈংপা লৈতনা চিংবা ঙমই, মরম অদুনা প্রেমগী মচাক্নি। মং: কং: ১৭৭ মন্থ শসি নামগী থরাইনি। নারদ পঞ্চ রাত্র।

শ্রীমদ্ভগবততা "শ্রবণং কীর্ত্তনং" অসিন চংবা শ্লোক্কী টীকাদা শ্রীজীব গোস্বামীনা ইরম্মী "নাম কীর্ত্তনঞ্চেদম্বচ্চৈবেব প্রশস্তম নাম কীর্ত্তন খোঞ্জেন লউনা তৌবনা মপুং ফাবা হেম্রী" শাস্ত্রদা নাম শ্রবণগী (নাম তাবগী) মগুণ য়াম্না চাউনা লৈ, খোঞ্জেল লাউনা নাম কীর্ত্তন তৌবা য়াদবনা চুম্নবদি নাম তাবা হাঙ্গবা থোনথোকরা অসি হাঙ্গনরমলোইদবনি। নামা শ্রীভগবান পরম-স্বতন্ত্র-তত্ব ; নাম (মিং) গা নামী (মপা) গা হেন্নদবা মরম্না নামন্ (মিংম্ন) স্বতন্ত্র ওৎনি মনিংতৌবনি। শ্রদ্ধ

গ্রামের ঠাকুর তুমি, সভে তোমার জন।
নিমাই বোলাইয়া তারে করহ বর্জ্জন॥ ২০৬

অর্থ :—

ন'না নবদ্বীপ মপুনি নংগী মী ঙাক্তনি।
নিমাইদা কীর্ত্তনগী ভৌহল্লোইদবনি॥ ২০৬

---

গৌর-কৃপা-টীকা

পুরাণগী প্রমাণ লৌথোক্লনা শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসতগী নামবু (মিংবু) "স্বতন্ত্রতত্ত্ব" মনিংথৌবা তত্ত্বনি হাঈ'র। "কিন্তু স্বতন্ত্রমেৰ তন্নাম কামিতকামদম্ ॥ ১১। ২০৪॥" মনিং থৌবা ভগবান্না করিগুম্বা বিধি য়াদবগী মথাপোন্দে, মনিং থৌই হাঈদুনা মহাকী নামগু (মমিংসু) করিগুম্বা বিধি য়াদবগী মথাপোন্দে: মরম অদুনা শ্রীনাম কীর্ত্তন তৌবদা দীক্ষা পুরশ্চর্য্যা, সদাচার, দেশ-কাল অসিনচিংবা করি অমত্তা ঙাইদে (থিক্তকম-থোক্তে)।

নাম অসি লৈথেংনা থেক শোবপদা চণ্ডাল কাওবা উদ্ধার ওইবে; চাবদা, ভুবদা মফম খুদিং মতম লৈতখিবিক্তা নাম লৌগদবনি। দেশ-কাল নিয়ম লৈতে পুম্নমক সিদ্ধি ওই।

হরিনাম— { হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥ }

হরিনাম অসি শোল্লুনা মালা জপ তৌবদি লিক্-ওন মরিরক্তগী (প্রাপ্তি অমদগী) তাবা য়াদ্রে; হেমগৎলিবা মখৈ অফবনি।

২০৬। ১৯৭—২০৫ পয়ারদা কীর্ত্তনবু য়েরমদি থনবা হিন্দুশিংনা কীর্ত্তনগী মথমদা হখোঙ্গনা আপকি থৌনা ওতুগী মথম থক্তক্লবগা, হৌজিক্তা কাজীগী মফমদা মরাল-কোকনব (প্রতিকার) প্রার্থনা তৌরক্লে (কাজীগী হফমদা হিন্দু ধর্ম্মবু হুনদুনা ও তুবর্ণা মরল অদু ঙাকশিনু হাঈনা হাঈওরে)।

## গৌর-কৃপা-টীকা

কাজীনা হায়খিদবী পুক্নিংদা রা অমত্তং ভাব অমত্তং নীংশিংকনুই, রা অহুদি অসিনি। মুসলমানশিংগী মনুংদা কীর্ত্তনগী য়েক্কবা ওইবশিং অচুনা কীর্ত্তন থিল্লেনবা হোৎনরম্মী, মখোয় পুম্মক অচু করিগুম্বা মওং অমদগী ভগবৎ কৃপা ফংজখ্রে কাজী মশামক্তা পুং থুগাইছনা মরন—মথুম কাহনা দণ্ডী তৌগনি হায়ছনা জাৎ ভাহনগনি হায়ছনা ধমকা তৌরম্লবন্তু নৃসিংহদেব না কৃপা তৌবিখ্রে ; কাজীগী খোঙগী সিপাইনা কীর্ত্তন থিংবা চৎলুবদা উব্বা মৈনা মকোই চাক্নুনা মমাই কাথি অচুদগী মযুমদা হনখি ; কীর্ত্তন তৌরিবা মীবু নোক্তরম্বা, ফাগী তৌরম্বা মী পুম্মক অসিগী লৈরেংদা মশা মতোম মতোমদনা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোনখ্রে, কৃষ্ণ নাম মশা মতোম-মতোমদনা শোনগে হায়না নীংতম্রবম্ভু শোনজররক্লে সাধকশিংনা য়াম্না কম্না হেৎনহুনম্ভু অসিগুম্বা কৃপা অসি ইলাই-লাইনা ফংদে। হরি কৃষ্ণবু য়েক্কবনি হায়না খনবা ভক্তশিংদা উশিংতবা কাগি তৌহনা নোক্কম্মা মখোয়না ইলাই-লাইনা কৃপা ফংখ্রে।

হরি কৃষ্ণবু ভগবাননি হায়মা ঙাংনরিবা হিন্দু অচুনা কীর্ত্তনবুনা য়েক্কবনি হায়না খল্লিবা মখোয়শিং অচুগী মচিন্দা হরিনাম হায়দোকপগী রা, নৃসিংহনা বনাগুম্ব অমগী থবাক হোগাইবা, মৈগী উষ্মানা মাই থাদোকপগী রা, শাস্তি-কৃপা ফংবগী রা তাদে। মাসিগী মরম করিনো ? ভগবানগী লীলা অসিদি ভগবান্দনা খঙি, অচুগা মমুং চনব। ভক্ত অমা খঙবা ওম্মী ; ঐখোয়গুম্বা মপানগী মীনদি ইবুংঙো মাবু থিগনি হায়না নীংবসি অমম্বা রানি ( বিড়ম্বনামাত্র ) ; অচুম ওইনমক রা অমা অনিদংদি পুক্নিংদা ফাওরকুই, পাবিরিবা ভক্তশিংনা রাখন তৌবিনবগীদমক মকম অসিদা উচ্চারি।

অহানবদা পাঙনশিংগী মমুংদা করিগুম্বা ভাব অমদগী ভগবৎ কৃপা ফংজখ্রে, মখোয়না জাতিগী রাথন্দা য়েক্কবা ওইরবম্ভু মীচং নত্ত্রবস্তু অপাম্বা মী খুদিংমকা য়েক্কবদি নত্তে; থমোই মমুং রাওনা কীর্ত্তনবু য়েক্কবনি হায়না খন্দে; কাজী অমমুং মহাকী মীশিংমু ধর্মগী মতুংইন্না বাদসাহনা শাওখিগনি হায়বাসিগী কিবনা কীর্ত্তন থিংগনি হায়না হোৎনজবতনি অমসুং অতৈ অতোপ্পা পাঙন পুম্নমক্ষু জাতিগী মতুং ইন্না কীর্ত্তন তৌবা মীদা নোক্নবা কাগি তৌবনি; ধরাই রাওনা য়েক্কবনি হায়না থনখিদে। মরম অচুনা মখোয়গী অচুক য়াম্না কনবা দোষ অপরাধ লৈত্তে, অকনবা অপরাধ লাক্ত্রিঙৈদা—

## গৌর-কৃপা-টীকা

কনবিহৌগে হাঙবগীদমক চানবিহৈবা ভগবান্না শ্রীনৃসিংহ অমসুং টকা মৈ উহন্দনা কৃপা তৌবিখিবনি।

থাঙ্গেশেংবদি পাঙনশিংনা ফ্যাগিবু ওইরবস্থু নোক্লববু ওইরবস্থু মচিন-মচিন্দা হরি রাম কৃষ্ণ হাঙনা শোলগা হিন্দুশিংদা নোক্লখিবহ্ তৌশিন্নবা ওইরবস্থু শ্রীকৃষ্ণগী নামদি মচিন্দা শোনবনিনা, থোইদোক্না চানবিহৈবা—পৃথিবীগী মঙ্গলগী মশক ওইবা—শ্রীহরি নামনা মখোঙ্গী (পাঙনশিংগী) মফমদা কৃপা তৌবিরে হাঙবহ্ ফোংদোকে হাঙবগী দমক পাঙন মশা-মশাগী লৈয়েংদা জাগাই শাহ্না (নাম শোলহন্দনা) পুন্সি মহৈ য়ালহনখ্রে।

অহ্গা হিন্দুশিংগী মসুংদা হিন্দু খরনা কাজীগী মফমদা চত্তুনা কীর্ত্তন তৌরিবশিংবু কীর্ত্তন তৌহন্‌বিগন্নু হাঙনা রাবংলুরিবা মখোঙ্গী অহুদি থাঙ্গেশেংবা থরাই য়াওনা কীর্ত্তনবু য়েক্লবা ওইনা খনখি; মরম অহুনা হিন্দু খরা অতুনা কীর্ত্তনগী মফমদা মরান অপরাধ চাউনা লৈখিবনা মখোঙ্গী অহ্ শ্রীভগবানগী অমসুং শ্রীনামগী কৃপা ফংবা রাখিদরে।

অনিত্তুবদা কীর্ত্তনবু য়েক্লবনি হাঙনা খল্লিবা হিন্দু অমসুং মুসলমান মখোঙ্গী থোংখোংপগী পুক্লিং চপ মান্নে হাঙনা খন্দুনা মখোঙ্গী পুন্নমক চপ মান্ননা পাপী ওইরম্বী হাঙহ্না নীংলবস্থু ভাব অমদি ফংডি।

শ্রীমন মহাপ্রভুদি নাম শান্দোকপা লাকপনি; নাম শন্দোকপা ওমবগীদমক নামগী মগুণ ফোংদোকফম, খঙ্‌হনফম থোকই। কনাগুম্বনা শ্রীহরিনামবু মশাগী ইন্দ্রিয়না মনিং তৌনা লৌজবা ওমদবশিং অহুগী মফমদা, মনিং তৌবা ওম্বা নামনা মী-মী অহুগী লৈয়েংদা চংহ্না হাঙদোকহল্লী, নাম নান কীর্ত্তনগীদমক তৌবা ওমজবা মীশিংগী মফমদস্থু মশানা ইনাং নীংজবস্থু মাগী লৈয়েংদা নাম শোলহল্লী—নানগী অহুম ওইবা অঙকপা গুণ অসি মীওইবগী সমাজদা শন্দোক্লবদি সমাজনা নামবু ইকাই খুম্নগনি, পামলগনি। ভগবন্নাম-কীর্ত্তন তৌবা অসি হিন্দুগী ধর্ম্মনি; মরম অসিনা কনাগুম্বা ধর্ম্মবু থোওইদবা হিন্দুগী লৈয়েংদস্থু হরিনাম মশা মতোমদা ইনিং-নিংঙ্ দনা শেংলবস্থু মখোঙ্গনা নামগী মগুণ খঙ্জদে, মখোঙ্গদা মতোমতনা নাম শোল্লকপদা চিংনবা রাই—ধর্ম্মগী য়েক্লবা ওইরবস্থু হিন্দু

তবে আমি প্রীতিবাক্য কহিল সভারে।
সভে ঘর যাই, আমি নিষেধিব তারে ।। ২০৭
হিন্দুর ঈশ্বর বড় সেই নারায়ণ।
সেই তুমি হও, হেন লয় মোর মন ।। ২০৮

অর্থ :—

মহাক্না ঐনা নুংশিবা য়াহৈনা হায় ময়ামদা।
ঐনা মাবু থামহিন্নগনি চৎলো নখোই য়ুমদা ।। ২০৭
ঈশ্বর অচৌবা নারায়ণ কৌবনু হিন্দুগী।
পুক্লিংনা ইবুঙোমক্কি হাঙনা নীংঙি ঐগী ।। ২০৮

গৌর-কৃপা-টীকা

অহু মহোশাগী জাতিদি হিন্দু ওইবনিনা, নাম শোন্নরীমাগ্লে হাঙনা চিংনবা য়াই তৌইগুম্বন্নং হিন্দু ধর্ম্মগী য়েন্নবা ওইরিবা মখোঈ অদুনা হরি রাম কৃষ্ণ নাম শোনবদা মশাগী ধর্ম্মবু মাঙনবা তৌরে হাঙনা নীংবা য়াই—মুসলমানশিংগী মনু দনু কনাগুম্বনা কাজীমক্কী মনাক্তা হরিনাম শোন্নরঙদি মশাগী ধর্ম্মগী য়েক্লবা ওইবগীদমক মখোঈবু মতিক চাবা দণ্ড পীবা য়াই—হরিদাস ঠাকুরগী মতৌগুম্না ‘কখেল কুম্নিথোইদা পুদুনা লিচৈনা ফুবা য়াই, কাজী অহুমক্কী মনাক্তা চংতুনা মুসলমানশিংগী কনাগুম্বনা ইনিং-নিংঙুদনা হরি-কৃষ্ণ রাম শোন্নুবদা কনাগুম্বনা মাবু চিরোল তৌবনি হাঙনা নীংনরোই। দণ্ড পীবা ওম্লীবা কাজী মশামক্কী মনাক্তা চংতুনা মশাগী হিন্দু ধর্ম্মবু য়েক্লবা ওইনা নীংলগা কৃষ্ণ শোন্নুবদা ঙাওশিন্নবনি অমসু চাওথোকপনি নাপন গোদোকপনি হাঙনা কনানসু থাজরোই হরিনাম মশামক্তা মী অহংগী লৈয়েংদা চংহুনা জগোই শাবনি অদুম হাঙনা মীনা থাজগনি ভাব অসিদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা শেংনা ফোংদোকে হাঙবগী দমক ভাব মান্নবা ধর্ম্ম মান্নবা হিন্দুগী মহুৎতা মুসলমানগী শৈয়েংদা নাব গোলহল্লা। নৃসিংহ ওইনা কাজীদা কৃপা পীবি উদ্ধা মৈ ওইনা মনাঈশিংদা কৃপা তৌবি, ভগবানগী মহাক্কী কৃপা ফোংদোকপদা শাগৈ জাৎ থাঈদে, পুম্নমক চপমান্নৈ। হিন্দুনা মুসলমানবু সামাজিক্কী রাথন্দা লাপ্লা হন্নগনু শ্রীভগবানদি লাপ্লা থম্বীদে, কন্নিগুম্বা অনা তৌদুনা নক্লা লৈমিন্নদুনা মহাকপু কৃপা হৈথবদা মতিক চাহল্লী।

২০৮। কাজীনা প্রভুদা হাঙ্গরকই—“হিন্দুগী অচৌবা লাই শ্রীনারায়ণ কৌবা অহু নংমক্কি হাঙনা নীংঙি।” মহাপ্রভুগী কৃপানা কাজী প্রভুগী মশক খঙবা ঙমজরে ।

এত শুনি মহাপ্রভু হাসিয়া হাসিয়া।
কহিতে লাগিলা কিছু কাজীরে ছুঁইয়া॥ ২০৯
তোমার মুখে কৃষ্ণনাম এ বড় বিচিত্র।
পাপক্ষয় গেল, হৈলা পরম পবিত্র॥ ২১০
'হরি কৃষ্ণ নারায়ণ' লৈলে তিন নাম।
বড় ভাগ্যবান তুমি বড় পুণ্যবান॥ ২১১
এত শুনি কাজীর দুই চক্ষে পড়ে পানী।
প্রভুর চরণ ছুঁই কহে প্রিয় বাণী॥ ২১২

অর্থ :—

অসি তারগা নোক্না নোক্না মহাপ্রভুনা।
হাঙবা হৌরক্লে কাজীবু খুৎনা শোতুনা।২০৯
নংগী নচিন্দা কৃষ্ণনাম শোনবা অঙকপনি।
পাপ কোকাগ্রে য়াম্না অশেংবা অন্নবা ওইববনি॥ ২১০
হরি কৃষ্ণ নারাযণ নাম অহুম শোনবনা।
লাইবক ফবা পুণ্যাচনবা ওইরে নং ফজনা॥ ২১১
য়া'সি তাবদা কাজীগী মপি শিহঙংলেরক্লে।
প্রভুগী চরণ কে'ন্দ্রনা কপ্তুনা হঙংলে॥ ২১২

---

## গৌর-কৃপা টীকা

২০৯। প্রভুন কাজীদা শোবপদা হ্যংগী থ মাই অমোৎপা কোকাগ্রু।

২০১—১১। পয়ার অনি অসিদা কাজীদা প্রভুনা হাঙরি। প্রভুনা হাঙ—"কাজী নংদি মুসলমাননি, মুসলমান বাদশাহগী মহুং শিনবনি, নবদ্বীপ সহরদা নংনা মুসলমান ধর্ম ডাক্লীবনি, ফিবম অসিদা নংগী নচিন্দগী কৃষ্ণনাম শোনবা তাবা অসি য়াম্না অঙকপা অম ওই। নংনা কৃষ্ণনাম শোনবা অসিদা নংগী পাপ পুম্নমক কোকখ্রে। নংনা 'হরি কৃষ্ণ অমসুং নারায়ণ' ভগবানগী নাম অহুম অসি শোনবসিদা লাইবক হাঙবহু ওইরে।"

প্রভু কহে এক দান মাগিহে তোমার।
সঙ্কীর্তন বাদ যৈছে না হয় নদীয়ায় ॥ ২১৪
কাজী কহে মোর বংশে যত উপজিবে।
তাহাকে তালাক দিব কীর্তন না বাধিবে॥ ২১৫
শুনি প্রভু "হরি" বলি উঠিল আপনি।
উঠিলা বৈষ্ণব সব করি হরিধ্বনি ॥ ২১৬
কীর্ত্তন করিতে প্রভু করিলা গমন।
সঙ্গে চলি আইসে কাজী উল্লসিত মন ॥ ২১৭
কাজীরে বিদায় দিল শচীর নন্দন।
নাচিতে নাচিতে আইলা আপন ভবন ॥ ২১৮

অর্থ :—

প্রভুনা হাঈ নংঙোন্দা দান অমত্তা নিজগে।
নদীয়াদা কীর্ত্তন তৌবা লিংবিদবা নিগে ॥ ২১৪
কাজীনা হাঈ—পোকপা মখৈ ঐগী শাগৈশিদা।
রাশকহনগনি কীর্ত্তনবু থিংদনবা মথোঈদা। ২১৫
তাবদা প্রভুনা হরি হঈদুনা হৌগংলে।
বৈষ্ণব পুম্নমক হরি খোন্দুনা হৌগংলম্লে। ২১৬
কীর্তন তৌনা-তৌনা প্রভু চংখাইনা লেংখয়ে।
পুক্নিং হরাওনা কাজীসু প্রভুগী তুং ইথবে ॥ ২১৭
কাজীবু বিদায় পীখয়ে শচীগী মচানা।
প্রভু যুমদা লেঙলক্লে জগাই শানা-শানা ॥ ২১৮

গৌর-কৃপা-টীকা

২১৫। কাজীনা হাঈরম্মী—"ঐগী শাগৈ-নাতৈশিংনা বৈদৌঙৈদসু সঙ্কীর্ত্তন থিংজন-রোই হাঈনা রাশকহনগনি।"

২১৭। কাজীসু কীর্ত্তন তৌরিবগুম্বা খোঙ্গনদুনা লম্বী লমশাং থৎলা লাপা থিদোক্লম্মী।

এইমতে কাজীরে প্রভু করিলা প্রসাদ।
ইহা যেই শুনে তার খণ্ডে অপরাধ॥ ২১৯
একদিন শ্রীবাসের মন্দিরে গোসাঞি।
নিত্যানন্দ সঙ্গে নৃত্য করে দুই ভাই॥ ২২০
শ্রীবাস পুত্রের তাহা হৈল পরলোক।
তবু শ্রীবাসের চিত্তে না জন্মিল শোক॥ ২২১
মৃত পুত্র মুখে কৈল জ্ঞানের কথন।
আপনে দুই ভাই হৈলা শ্রীবাসনন্দন॥ ২২২
তবে ত করিল সব ভক্তে বরদান।
উচ্ছিষ্ট দিয়া নারায়ণীর করিল সম্মান॥ ২২৩

অর্থ :

অসুম্না কাজীবু কৃপা তৌনিখি প্রভুনা।
পাপ কোকৃই তাজববদি মাসিবু মীঁহুনা॥ ২১৯
নোংমা শ্রীবাসকী মন্দিরদা শচীগী মচানা।
মচিন-মনাও জগোই শাখি নিতাইগা লোইননা॥ ২২০
শ্রীবাসকী মচানীপা শিরে মতম অদুদা।
অদুবু শ্রীবাসকী পোক্তে অরাবা পুক্লিংদা॥ ২২১
অশিবা মচা অদুবু জ্ঞানগী ৱা ঙাংহনখি।
মচিন-মনাওবু শ্রীবাসকী মচা ওইহনখি॥ ২২২
অদুদগী ভক্তশিংদা বরদান তৌরে।
নারায়ণীদা উচ্ছিষ্ট পান্দুনা পীজরে॥ ২২৩

---

গৌর-কৃপা-টীকা

২২০—২২। শ্রীচৈতন্য অমসুং নিত্যানন্দনা শ্রীবাসকী মাঙোন্দা জগোই শারিরিবগী মতমদা শ্রীবাসকী মচানীপা শিরে। শ্রীবাসনা প্রভুগী নুংঙাইবা কাঙখিগানি হাঙনা থনবদা মচা শিবগী করিগুম্বা অরাবা অমতা উহনখিদে অমসুং ইমুং-মনুংগী মী পুম্নমকপুম অরাবা কোংদোকহন্দে (কপহন্দে)। কীর্তন লোইরবদা পাউ অসি প্রভুনা তারবদা অশিবা অঙাং অদুবু মচিম্না ৱা ঙাংহনখি। মরোনদি "কনানা কনাগী মপানো? কনানা কনাগী মচানো?" মাসি জ্ঞানগী ৱানি। অদুগী তুংদা প্রভুনা শ্রীবাসতা হাঙখি—"নিত্যানন্দগা ঐপা নংগী মচা ওইরবনি, মপুক্লিংদা করিসু ৱাকপম্বু।" শ্রীচৈঃ ভাঃ মধ্য খণ্ড ২৫ শ অধ্যায়।

২২৩। শ্রীবাশকী মাঙোন্দা মহা প্রকাশকী মতমদা প্রভুনা ভক্তশিংদা বর (বোর) পীবিরম্মী। অদুগা নারায়ণী অসি শ্রীবাসকী মনাওগী মচানুপীনি, মহাক বৃন্দাবনদাস-

শ্রীবাসের বস্ত্র সিঁয়ে দরজী যবন।
প্রভু তারে নিজরূপ করাইল দর্শন।। ২২৪
'দেখিনু দেখিনু' বলি হইল পাগল।
প্রেমে নৃত্য করে, হৈল বৈষ্ণব আগল॥ ২২৫
আবেশে শ্রীবাসে প্রভু বংশিকা মাগিল।
শ্রীবাস কহে—গোপীগণ বংশী হরি নিল।। ২২৬
শুনি প্রভু 'বোল বোল' কহেন আবেশে।
শ্রীবাস বর্ণেন বৃন্দাবন—লীলা—রসে॥ ২২৭

অর্থ :—

শ্রীবাসকী পাওন ফি তুবা অমা লৈরম্মী।
মাগোন্দা প্রভুগী শরূপ উৎনবিরম্মী।। ২২৪
দর্জিতুনা 'উরে উরে' হাঙ্গইদুনা ওাওরক্লে।
য়াম্বা ফবা বৈষ্ণব ওহরে প্রেমা জগোই শারক্লে।। ২২৫
ব্রজভাবত প্রভুনা হাঙ্গই শ্রিবাস পীযু বংশী।
শ্রীবাসনা হাঙ্গই গোপীশিংনা পুবিখরে বংশী।। ২২৬
তাবদা প্রভুনা 'হাঙ্গখো হাঙ্গখো' হাঙ্গইবক্লে।
শ্রিবৃন্দাবন-লীলা রস শ্রীবাসনা হাঙ্গইরক্লে॥ ২২৭

গৌর কৃপা-টীপা

ঠাকুরনী মমানি। নাবাযানা চপি মরিগা ডাইরিদা প্রভুগী য়াথং মতুংইগা "হা কৃষ্ণ" হাঙ্গনা কৌহুনা লেবাক্ত থরো-থরো ওন্দুনা কপখি। মমিৎতগী পি তাবনা লৈবাক চেৎলি। শ্রীচৈঃ ভ. মধ্য। ৬। প্রভুগী মহাপ্রকাশকা মতমদা য়াদা চাবিবা কা অহু খ্বাই পূম্নমক চাননবা মাথং পীবম্মী। খ্বাইদু যাম্না মুংডাইনা, হরাওনা চাঙ্গ। চাখিবগী অরেম্বা পোৎ পূম্নমক পুন্যচেনবী নারায়ণীনা চাঙ্গ। জ্ঞান ভাক্তিবী মুপীমচা নারায়ণীদা প্রভুন চাবগী অরো দান তৌখি। শ্রিচৈ ভাঃ মধ্য। ১০।।

২২৬। মহাপ্রভুনা ভাব কপি চংখিদুনা শ্রীবাসকী মকমদা বাঁশী নিরম্মী। শ্রীবাসনা হাঙ্গই—"বাঁশীদি গোপীকাশিংনা হুবা নে পুবারে।"

প্রথমেতে বৃন্দাবন-মাধুর্য্য বর্ণিল।
শুনিয়া প্রভুর চিত্তে আনন্দ বাড়িল॥ ২২৮
তবে 'বোল বোল' প্রভু বোলে বার বার।
পুনঃ পুনঃ কহে শ্রীবাস করিয়া বিস্তার॥ ২২৯
বংশীবাদ্যে গোপীগণের বনে আকর্ষণ।
তা—সভার সঙ্গে যৈছে বনবিহরণ॥ ২৩০
তাহি—মধ্যে ছয় ঋতু লীলার বর্ণন।
মধুপান রাসোৎসব জলকেলি কথন॥ ২৩১
'বোল বোল' বোলে প্রভু শুনিতে উল্লাস।
শ্রীবাস কহে তবে রাসরসের বিলাস॥ ২৩২

অর্থ : -

অহানবদা শ্রীবৃন্দাবন মাধুর্য্য শীংথারে।
তাবদা প্রভুগী থমোই য়াম্না নুংঙাইহ্নরে। ২২৮
অদুদগী হাঙ্গৈখো হাঙ্গৈখো হন্না হন্না হাঙ্গৈরে।
শ্রীবাসনা য়াম্না শন্দোক্না হন্না হন্না হাঙ্গৈবে। ২২৯
গোপীশিংবু চিংসিনন্দবা বংশী খোংদুনা
বন্দা শাঃমিন্নব মখোঙ্গী য়ামগ চৈঙ্গৈনবা। ২৩০
মদুদা ঋতু তরুক্কী লীলা শীংথাবি।
খোইহী থবপা জলকেলি রাসোৎসব শীংথাবি॥ ২৩১
'হাঙ্গৈখো হাঙ্গৈখো' প্রভুনা হাঙ্গৈ তানা নুংঙাইদুনা।
রাস শাম্নবগী মতংগী রস হাঙ্গৈবা শ্রীবাসনা। ২৩২

---

গৌর কৃপা তীকা

২৩০-২৩১। শরৎ-পূর্ণিমাগী অহিংদা শারদীয় মহারাস-লীলা শাম্নগে হাঙ্গৈবগী-মতক শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা চংদুনা বংশী খোংবা, বংশী খোনেম তাবদা ব্রজগোপীশিংনা শ্রেম্না ডাওদুনা ওম্ন তৈম্নবা ফিভেং লৈতেংবা, গোপীশিংগী প্রেম পরিক্ষা তৌবা, মতৌ করম্না মধুপান (খোইহী থকপা) তৌনা অমস্তুং জলকেলী তৌবা পুম্নমকসি প্রভুনা পেনবগী-মতক শ্রীবাসনা হাবী লীরম্মী

কহিতে শুনিতে ঐছে প্রাতঃ কাল হৈল।
প্রভু শ্রীবাসেরে তুষি আলিঙ্গন কৈল॥ ২৩৩
তবে আচার্য্যের ঘরে কৈল কৃষ্ণলীলা।
রুক্মিণী স্বরূপ প্রভু আপনে হইলা॥ ২৩৪
কভু দুর্গা কভু লক্ষ্মী হয়েন চিচ্ছক্তি।
খাটে বসি ভক্তগণে দিলা প্রেমভক্তি॥ ২৩৫

অর্থ :—

নোংঙান্‌বা মতম য়ৌবক্তে ৱারী শানা শানা।
পেল্লতুনা পোং খংপিবে শ্রীবাসপু প্রভুনা॥ ২৩৩
আচার্য্যগী য়ুমদা কৃষ্ণ লীলা শাল্লখি।
প্রভু মশানা কাক্মণী মশকপু শাখি॥ ২৩৪
করিগুম্বদা চিচ্ছক্তি দুর্গা লক্ষ্মীবু শাখি।
অামন্দা ফম্‌হুনা ভক্তশিংদা প্রেম-ভক্তি পীখি॥ ২৩৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

বৃন্দাবনগী মম্লুংচনবা বন (বোন) তরুকখক্তি বন অমনা ওলাংথাগী বন ওই, অমনা নোংজুথাগী বন ওই অমনা শরৎ ঋতুগী বন ওই অসুম্না মখংশিংনা ঋতু তরুকী বন লৈ। অসি নত্তবা ঋতু তকামক পুম্না থোগনবা বন অমসু লেংদনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা বন্‌ ময়াম অনীন শান্নমিন্নে। খোইহী —শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবদা খোইহী থকুই; খোইহী অসি কদম্ব লৈদগী লাবনি। হন্দধবনা হাঙ্গখি পাত্রদা। য়াওরিশা কদম্ব লৈদগী লোবা-খোইহী অহু, থকপদা য়াঙ্গ কাবা গহু শোকপিবগনু। (দক্ষিণ লহরী ৪৯ ২০/ভ,র,সিন্ধু)।

২৩৪ চন্দ্রশেখর-আর্য্যগী য়ুমদা কৃষ্ণলীলা শান্নবা মতমদা প্রভু মশামক্তা কাক্মণী শারম্মী।

২৩৫। রুক্মিণী শাগ্রবগী মতুংদা অমুক করিগুম্বদা দুর্গা, লক্ষ্মী শারই। চিচ্ছক্তি —ভগবানগী অন্তরঙ্গা (মম্লুংচনবা) স্বরূপশক্তিবু চিচ্ছক্তি কৌই; রুক্মিণী, লক্ষ্মী, দুর্গা অসীনচিংবা অসি মহাকী চিচ্ছক্তিগা অতোপা-অতোপা অরূপগী শাক্তনি। [illegible] লীলা

ভয়ে পলায় পঢ়ুয়া, পাছে পাছে প্রভু ধায়।
আস্তেব্যস্তে ভক্তগণ প্রভুরে রহায়॥ ২৪৪
প্রভুরে শান্ত করি আনিল নিজ ঘরে।
পঢ়ুয়া পলাঞা গেল পঢ়ুয়া সভারে॥ ২৪৫
পঢ়ুয়া সহস্র যাঁহা পঢ়ে এক ঠাঁই,
প্রভুর বৃত্তান্ত দ্বিজ কহে তাহাঁ যাই॥ ২৪৬
শুনি ক্রুদ্ধ হৈল সব পঢ়ুয়ারগণ।
সভে মেলি তবে করে প্রভুর নিন্দন॥ ২৪৭

অর্থ :—

ছাত্রনা কিহুনা চেল্লে প্রভুনা তাম্নরে।
য়াম্না থুনা ভক্তশিংনা প্রভুবু তাংরে॥ ২৪৪
যুমদা পুশিন্‌জরক্লে প্রভুবু থেমজিন্দ্‌না।
চেনশিনখরে মমাংবা মরক্তা ছাত্রহুনা॥ ২৪৫
মকম অহু ছাত্রলীশীং হমা তিনবা মফম্‌।
ছাত্রশিংহুদা প্রভুগী পাউ তম্মুরিবনি। ২৪৬
তাবদা শাওরে পড়ুয়া ময়াম অাহুনা।
প্রভুবু নিন্দা তৌরক্লে ময়াম ভিম্নহুনা॥ ২৪৭

গৌর-কৃপা-টীকা

—"নখোইগী শ্রীকৃষ্ণ পুতনা হাংপা ওন্না মুপী হাংপগী পাপ্তা ওপ্পুনা লৈব', বুষাং রনচিংবা বণ হাংপগী পাপ থোমজিল্লিবা, নখ ইগী শ্রীকৃষ্ণ অহু থৌজাল লৈতে য়াম্না মুংশিখন্দনি। অসুম ওইবা মুংশিখন্দবগী মমিং অহু নংন, ঐবোন্দা শোম্ননবা হাইজরিব্র ?" অসি হাইহুনা য়াম্না শাউনা ব্রজভাবতা লুপ্তুনা লৈরিবা প্রভুনা চৈ পাইহুনা ছাত্র অহু ফুগে হাইহুনা তাম্নরম্মী। মতম অসিমক্তি প্রভুগী মপানগী জ্ঞান লৈবনদে শ্রী চৈ. ভা, ১ধা ২২।

২৪৪—৪৬। প্রভুনা যৈগে হাইহুনা তাম্নবা ছাত্র অহু ব্রাহ্মণ মচানি। মহাক্না মনাম্নবা ময়াম লৈরিবা মকম অহুদা চেনশিনখিহুনা প্রভুনা মাবু যৈগে হাইহুনা তাম্নক্লিবা ওহুগী মরম য়ারী পুম্নমক তমখি।

সব দেশ ভ্রষ্ট কৈল একলা নিমাই।
ব্রাহ্মণ মারিতে চাহে ধর্ম্ম ভয় নাই॥ ২৪৮
পুনঃ যদি ঐছে করে, মারিব তাহারে।
কোন বা মানুষ হয়, কি করিতে পারে?॥ ২৪৯
প্রভুর নিন্দায় সভার বুদ্ধি হৈল নাশ।
সুপঠিত বিদ্যা কার না হয় প্রকাশ॥ ২৫০
তথাপি দাম্ভিক পড়ুয়া নম্র নাহি হয়।
যাহাঁ তাহাঁ প্রভুর নিন্দা হাসি সে করয়॥ ২৫১
সর্ব্বজ্ঞ গোসাঞি জানি সভার দুর্গতি।
ঘরে বসি চিন্তেন তা সভার অব্যাহতি॥ ২৫২

অর্থ :—

লৈবাক পুম্নমক মাঙহল্লে নিমাই মতোমদনা।
ধর্ম্মবু কিবা লৈতরে ব্রাহ্মণবু ফুনীংবনা॥ ২৪৮
মতুংদা অমুক তৌরগা, মহাকপু যুগনি।
ঐখোঈদা কনানা করি তৌবা ঙংগনি॥ ২৪৯
প্রভুবু নিন্দা তৌবদা খ্বাইগী বুদ্ধি মাঙখরে।
নীংথিনা তম্লগা মহে কনাদস্থ ফোংদোক্রে॥ ২৫০
নাপন তৌবা ছাত্রশিংদি ঃমচৎ খঙদবা নৌহ।
মফম খুদিংদা প্রভুবু নোইন্ন নিন্দা তৌই॥ ২৫১
মখোঈনা মাঙ্গদবদু গোসাঞিনা খঙলি
য়ুমদা ফম্লগা মখোঈগী ৎানবিনবা খল্লি॥ ২৫২

গৌর-কৃপা-টীকা

২৫০ ৫১। ছাত্রশিং অদুনা মফম খুদিংদা ফংঙ্-ফংঙ্ব মফমদা প্রভুবু নিন্দা তৌই অমম্লং নোক্নে। মাহ্নগী দোষনা (মরাম্না) মখোঈনা নিংথিনা তমরুপ্রবা মহে পুম্নক অদু মতমগী মতুংইন্না মপুন্নিংদা অ তা লৈত্রে কাউক্রে।

২৫২। পুম্নমকপু খঙলিবা প্রভুনা চিন্তা তৌবা হৌরকই, মতৌ করম তৌরগা ছাত্রশিংনা নিন্দা তৌরুবগী মরান্দগী দে,মতম্ বোকপা ঙমগদগে?

যত অধ্যাপক, আর তাঁর শিষ্যগণ।
ধর্ম্মী কর্ম্মী তপোনিষ্ঠ নিন্দুক দুর্জ্জন॥ ২৫৩
এই সব মোর নিন্দা—অপরাধ হৈতে।
আমি না লওয়াইলে ভক্তি না পাবে লইতে॥ ২৫৪

অর্থ :—

ওঝাশিং অমসুং মখোয়গী ছাত্র শিষ্যিরা।
নিন্দা তৌগনবা তপস্বী ধর্ম্মী কর্ম্মীশিংনা। ২৫৩
মখোম অসিনা অকায়বা তৌবদগী ঐগোন্দা।
ভক্তি লৌবা ওয়াইদৌরি ঐনা পীদ্রবদা॥ ২৫৪

---

গৌর-কৃপা টীকা

২৫৩। প্রভুদা নিন্দা তৌবগী নবম হায়রি। টোলগী ওঝাশং থবক তৌমিন্নবিবা পুম্নমক্না চহি য়ামদ্রিবা নিমাই পণ্ডিতনা ধর্ম্ম শন্দোরকপদা মকোক ওইবগী থাক য়োরকপদা য়ম্না কম্লকই, অদুনা ওঝাশিং অদিনা নিমাই পণ্ডিতপু য়াম্না নিন্দা তৌই অমসুং মখোয়গী ছাত্রশিংসু ওঝাশিংগী মিচদা তোংদুনা প্রভুবু লোক্কে নিন্দা তৌই।

ধর্ম্ম—মঙ্গলচণ্ডী নত্রগা বিষহরি পূজা তৌবদা অহিং তুমদবা বাওবু, মখোয়না তৌবিবদুনা চুম্লে হায়না নীংবা কাওব, অদুগা ধর্ম্ম মশক খঙদনা কাওবু।

কর্ম্মী—বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মবু চংদুনা ইন্দিবা মখোয়।

তপ—তপ তৌববু পামজরিবা মখোয়।

ধর্ম্মী, কর্ম্মী, তপ-পান্না মা পুম্নমক অসিনা মানা মানা নীংঙলা ভাহুনা অচুম্বা ধর্ম্মনি হায়না নীংদুনা, প্রভুনা হৌদোরক্লিবা নাম সঙ্কীর্ত্তন অসিবু নিন্দা তৌই, লোক্ল। ওঝাশিং ছাত্রশিং, "ধর্ম্মী, কর্ম্মী অমসুং তপ পাম্বশিং অসিবু, প্রভুদা নিন্দা তৌই হায়দুনা কত্তবা মী, নিন্দুক হয়রে।"

২৫৪। মৈগী নন্দা (প্রভুদা) নিন্দা তৌবা মরম্না মখোয়না লাকে অপরাধ ওইরে; মরম অসিনা মখোয়গী মন্নলসি ঐনা ভাবপিদুনা ভক্তিগী লাম্বন্দা পুসিনবিদ্রবদি

নিস্তারিতে আইলাঙ আমি, হৈল বিপরীত।
সব দুর্জ্জনের কৈছে হইবেক হিত ?॥ ২৫৫
আমাকে প্রণতি করে, হয় পাপ ক্ষয়।
তবে সে ইহারে ভক্তি লওয়াইলে লয়॥ ২৫৬

অর্থ :—

মীবু লানবিগে লাল্লগা থোক্লে ওল্ল-তৈনা।
মী ফত্তবশিং অসিবু ফহনসিগে করম্না ॥ ২৫৫
ঐঙোন্দা খুরুম্নবা মী অহু পাপ কোকনি।
অতুগুম্বা মখোইঙুদা ভক্তি দান য়াগনি ॥ ২৫৬

গৌর-কৃপা-টীকা

মখোই মশা মতোমদনদি ভক্তিগী লম্বেন্দা চংবা ওম্লবোট। কনাগুম্বা অমগী মকমদা লাল্লুরবদি লাল্লুরিবা অহু কোকখোক্লিবা ফাওবা ভক্তিগী কৃপা কংবা য়াদে-মাসি সাধারণ নিয়াম।

২৫৫। প্রভুগী বা অসিগী মর্ম্মদি (অর্থদি) মহাক্না ফাওরকপা অসিদা মী থম্না নিন্দা তৌরে; নিন্দা তৌবসিগী মরম্না, সংসারগী অরাবা কোকুন্না লানবা ওম্লয়োই, মখোইনা লানবা ওমত্রবদি প্রভুনা নীংলিবা অসিগা এল্লা-তৈনবা তারে। প্রভুনা নীংলিবদি জীব পুম্নমকপু মিচং-মিখাই নাইদনা সংসারগী অরাবদগী লানবিবা অসিনি। মরম অসিনা প্রভুনা ফত্তবা মীশিং অসি, মতৌ করম তৌরগা লানবিসিগে হাঈনা খল্লি।

২৫৬। কোকনবা উপায় হাঈজরি। প্রভুদা খুরুম্নবগদা প্রভুগী চরণ্না মখোইবু কোক্পিবা ওমগনি অমসুং খুরুম্নবা অতুদা প্রভুগী পাওতাক হংজরগা ভক্তিগী লম্বেন্দা চংজবা ওমগনি। (অপরাধ কৈক্লিবা মতম অতুকী মখে ভক্তিগী লম্বেন্দা কনাগুম্না চিংশিননীংলবস্থ অপরাধী অহুগা ভক্তিগী লম্বেন্দা চচ্চবা ওমদে)। ১।৭।৫৩ পয়ারগী টীকা য়েংবিয়ু।

মোরে নিন্দা করে যে না করে নমস্কার।
এ সব জীবের অবশ্য করিব উদ্ধার॥ ২৫৭
অতএব অবশ্য আমি সন্ন্যাস করিব।
সন্ন্যাসীর বুদ্ধ্যে মোরে প্রণত হইব॥ ২৫৮
প্রণতিতে হবে ইহার অপরাধ ক্ষয়।
নির্ম্মল হৃদয়ে ভক্তি করিব উদয়॥ ২৫৯
এ সব পাষণ্ডীর তবে হইবে নিস্তার।
আর কোন উপায় নাই, এই যুক্তি সার॥ ২৬০

অর্থ :—

ঐগোন্দা খুরুমদবা মী নিন্দা তৌবশিংছু।
শোঈদনা উদ্ধার তৌগনি জীব ময়াম অদু॥ ২৫৭
মরম অসিনা শোঈদনা ঐ লম্বোইবা তারে।
লম্বোইরবদি ঐগোন্দা খুরুমকপা তারে। ২৫৮
খুরুমজবদা পাপ পুম্নমক কোক্চখিগনি।
থমোই শেংজরবদি ভক্তি পোক্চরকনি॥ ২৫৯
অদু ওইরবদি পাষণ্ডী ময়াম লানগনি।
অতে উপায় লৈতে যুক্তি অসি অরেপ্পনি॥ ২৬০

---

গৌর-কৃপা টীকা

২৫৭।—ঐগোন্দা (প্রভুদা) নিন্দা তৌনা মমসুং খুরুমদবা (খুরুমদবা মরম্মা মখোঈগী মরান কোকপিবা ওমদে)—অসুম ওইবা জীব পুম্নমকপুসু ইশোঈ-শোঈদনা লানবিগদবনি—(নত্রবদি, জীব পুম্নমকপু লানবিগে হাঈনা ঐনা য়াশকখিবা অসিদি কাঈবা তারে, সিদ্ধ ওইদবা তারে)।

২৫৮। মতৌ করম্না মখোঈবু লানবিগনি? মখোঈনা ঐগোন্দা (প্রভুদা) খুরুমবা উপায় অমা থিবা তারে। খুরুমবতদা মখোঈগী মরান অপরাধ অসি কোকপা ওমগনি। করি উপায় তৌহনা মখোঈনা খুরুমগনি? ঐনা লম্বোইরবদি—মতম অদুদা লম্বোইবা অমনি (সন্ন্যাসীনি) হাঈবগী য়াথন্দা (বুদ্ধিদা) ঐগোন্দা খুরুমগনি। ১।৭।৩৫ পয়ার।

এত বলি ভারতী গোসাঞি কাটোয়াতে গেলা।
মহাপ্রভু তাহা যাই সন্ন্যাস করিলা॥ ২৬৫
সঙ্গে নিত্যানন্দ চন্দ্রশেখর আচার্য্য।
মুকুন্দদত্ত এই তিন কৈল সর্ব্বকার্য্য॥ ২৬৬

অর্থ :—

অসি হাঙ্গইদুনা ভারতী গোসাঞি কাটোয়া লেণ্ডখি।
মহাপ্রভুনা মাফমদ চংতুনা লম্বোইখি। ২৬৫
নিত্যানন্দ চন্দ্রশেখর আচার্য্য লোইননা।
মুকুন্দগা লম্বোইননা শীনি অতৈ শিনা॥ ২৬৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

ভারতী গোস্বামীগী মফমদা প্রভুনা ভঙ্গী তৌদুনা লম্বোইনবা প্রার্থনা তৌজরে; ভারতীসু ইঙ্গিত্তা য়ারে হাঙ্গইবা খঙহন্ত্র। প্রভুগী কৃপাদা ভারতীনা প্রভুগী তত্ত্ব খঙলে; মরম অদুনা প্রভুদা 'ঈশ্বর, অন্তর্য্যামী-হাঙ্গইরিবনি ভারতীনা খঙিও—প্রভুদি মনিং-তম্বা ঈশ্বরনি, অদুগা মহাক্ত প্রভুগী মনাংনি; মরম অদুনা প্রভুনা সন্ন্যাস ওই নিংলবদা বনানা শিংবা তংগদে?

২৬৫। কাটোয়া বর্দ্ধমান জিলাগী নগর অমা অমনি; কাটোয়াদা চৎতুনা প্রভুনা লম্বোইরে; চহি ২৪ কুম বরসা মাঘী সংক্রান্তিদা।

২৬৬ শীনী—থবক পুম্নমক লম্বোইনগী তৌরবী থবক য়াদবা পেৎ থিবিক্রিয়াবা থিজিন-খোংচিন্দুনা শীনী (শীনাংঙি)।

প্রভুনা যুম থাদোক্তুনা কন্টক নগরদা (কাটোয়াদা) থুংলবা মতমদা নবদ্বীপ্তা লৈরিহোবা মরুপশিংদু, ওাংনরমর্গী মতুংইন্না থরা-থরা থুংলরে। অবধূতচন্দ্র (নিত্যানন্দ), গদাধর, শ্রীমুকুন্দ, শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য, ব্রহ্মানন্দ ময়াম অসি প্রভুগা কেশব ভারতীগা অমনগী লৈবা মফমদা থুংলরে। প্রভুনা চন্দ্রশেখরদা থৌদাই—চন্দ্রশেখর নংনা মকোক

এই আদি লীলার কৈল সূত্র গণন।
বিস্তারি বর্ণিলা ইহা দাস বৃন্দাবন ॥ ২৬৭
যশোদা নন্দন হৈলা শচীর নন্দন।
চতুর্ব্বিধ ভক্ত ভাব করে আস্বাদন ॥ ২৬৮
স্বমাধুর্য্য রাধা প্রেম রস আস্বাদিতে।
রাধা ভাব অঙ্গী করিয়াছে ভাল মতে ॥ ২৬৯
গোপীভাব যাতে প্রভু করিযাছে একান্ত।
ব্রজেন্দ্রনন্দনে মানে আপনার কান্ত ॥ ২৭০

অর্থ :-

মাসিনা আদি লীলাগী হপ্পা শীংথাজরে।
মাসি বৃন্দাবন দাসনা শন্দোক্লা ইথরে ॥ ২৬৭
যশোদানন্দননা শচীগী মচা ওহরে।
মখল মরিগী ভং ভাব আস্বাদন তৌরবে ॥ ২৬৮
রাধা প্রেম-রস মশাগী মাধুর্য্য চুপ্পীংহ্নবা।
রাধা ভাবগী হকচাং ওইরে য়াম্না নিংথিজনা ॥ ২৬৯
মাহৃদা প্রভুনা গোপী ভাব চপচান লৌরে।
ব্রজেন্দ্র নন্দনা মাগী মবুংগী ভানি খনখবে ॥ ২৭০

গৌর-কৃপা-টীকা

ওইহ্নবা তৌগদৌবিবা থৌরম অদিগী মরমদা বিদ্বিগী মতুংইন্না চংগদবা পোং পুন্নমক থিগদবনি অমম্তুং থবক পুন্নমক শীল্লা গদবনি। প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না চন্দ্রশেখরনা শংগোম অনৌবা, অকম্বা, ঘী, দৈ, চন্দন, ফা, যজ্ঞ সূত্র (নগুণ), ফা অমম্তুং চাননবা পোং পুন্নমক পৈশিল্লী। শ্রীচৈ, ভা, মধ্য। ২৬।

২৬৮—৬৯। শ্রীচৈতন্যগী তত্ত্ব অমম্তুং মহক্কী অবতার তৌবগী কান্নবা হাঙ্গিজরি।

যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইবরে - মসিনা মহাক্কী হক্তুনি। শ্রীকৃষ্ণ বন্দেনবগী চংজখম ওইবা রাধা ওইনা (আশ্রয় রূপে) শ্রীরাধা প্রেম রস অমম্তুং মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) মাধুর্য্য আস্বাদন তৌগে (চুপকে) হাঙ্গিবদগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধা-ভাব-কান্তি (মচু)

## গৌর-কৃপা-টীকা

ওইহুনা শ্রীচৈতন্য ওইদুনা অবতার তৌবর, মসিনা মাগী অনশাবনি মক ওইবা প্রাযোজননি (দরকারনি)। চংজফম ওইনা {(রাধা ওইনা)=(আশ্রয় রূপে)} রাধা প্রেম রস অমসুং স্বমাধুর্য্যান (মশাগী নিংথিজবনা মীগী পুক্কি শুমহৎপস্ত) মহাক্না আস্বাদন তৌরে (চুপলে) অতুগা বিষয় রূপে {(কৃষ্ণ ওইনা)=(বক্তা ওইনা)} অমুক ভক্ত মথন মরিগী শাব চুপলে হাঙবদি দাস্য (মনাই), সখ্য (মরূপ), বাৎসল্য (মমা-মপা মচা সুংশিবা) অমসুং মধুর (কান্তা রাবা) মখল মরি অসিগী ভাবস চুপলে আস্বাদন তৌর (মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মশক ওয়না ভক্ত মথা মবি অসিগা লোঙনবা অবতার তৌবরে)

দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর ভাব মরি অসিগী বিষয়দি=মপুদি= (কর্ত্তাদি) শ্রীচৈতন্য প্রভুনি অমসুং রাধা ভাব ওইগে অঙ্গীকার তৌখি (হাপকখি) হাঙইহুনা মধুর ভাবগী আশ্রযস্ত (চংজফমস্ত) ওই হাঙবদি—মহক্না দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্যগী মক ওইবা (মুখ্যতঃ) বিষযনি, অতুগা মহাক্না মধুর ভাবকী বিষয় (মপু) অমসুং আশ্রয় অনীমক ওই। রাধা ভাবগী আশ্রয় চংজফম ওইবা মরম্মা মাবু রাধা-ভাবদ্যুতি সুবলিত হাঙবনি।

রাধা কৃষ্ণ—প্রণয়বিকৃতি হ্লাদিণী-শক্তিরস্মা,
দেকাত্মানাবপি—ভুবি পুরা দেহ-ভেদংগতৌ-তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকট মধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্য মাপ্তং,
রাধা—ভাব-দ্যুতি—সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ—স্বরূপং।

কান্তা ভাব ওসনা নীংব (সুংশিবা) ভক্তশিংনা শ্রীচৈতন্যবু রাধাভাবদ্যুতি সুবলিত হাঙনা চিন্ত তৌই মখোঙগী উপাসনাদা (ভজনদা লইনীংবদা) মাবু মক ওইনা শ্রীরাধা= শ্রীকৃষ্ণ কান্তা ওইহনী, মং ওইহন্দে, রাধ ভাবগী আশ্রয় ওইনা মরম্মা। মহাক্না মধুর ভাবগী বিষযস্ত ওই—মরম অদুনা বনা বনাগুম্বা স্ত ভাবক উপাসকনা মাবু (শ্রীচৈতন্যবু) নক নাগর নাগরগী মশক ওইনা চিন্ত তৌ, শ্রীল নরহরি সরকার ঠাকুর নাগরী ভাবগী মদি চপগা উপাসকশিংদি কন্ত ভাবকী রাখল

গোপীকা ভাবের এই সুদৃঢ় নিশ্চয়—।
ব্রজেন্দ্র নন্দন বিনা অন্যত্র না হয়॥ ২৭১

অর্থ :—

গোপীকা ভাবকী অরেপ্পা অচেৎপা অসিদি।
ব্রজেন্দ্র—নন্দন নত্তনা, ওইদে অতৈদদি ।। ২৭১

---

গৌর-কৃপা-টীকা

তৌই হাইনা নীংঙি; মখোঈগী উপাসনাদা (লাই নীংবদা) শ্রীমন মহাপ্রভুবু রাধা ভাবদ্যুতি সুবলিত নওে হাঈ—চৈতন্যদি গৌর বর্ণ কৃষ্ণ—রাধাভাবদ্যুতি সুবলিত কৃষ্ণনি হাঈনৈ—শ্রীরাধানা হয়াওহুনা কৃষ্ণগী মশা পুন্নমক কোনসনখিবসু য়াই হাঈনৈ।

মণিপুরদা লৈরিবা মীতৈ বৈষ্ণবশিংদি রাধা ভাবদ্যুতি সুবলিতনি হাঈনা নীংনৈ। গোস্বামীশিংসু মীতৈগা মান্নৈ। লম অনিমক ইন্না-য়াবা ওাক্তনি।

অদুগা (১) দাস্য (২) সখ্য (৩) বাৎসল্য ভাব অহুম অসিগী উপাসকশিংগী (ভক্তশিংগী) লাই-নীংবা মতমদা শ্রীচৈতন্যবু বিষয়তনি (কৃষ্ণনি)— আশ্রয় নত্তে (রাধা নত্তে) অসুম হাঈনৈ। মথক্তা উচ্চথিবা ভাব মরি অসিগী বিষয় কর্ত্তা ওইনা (বিষয়রূপে) শ্রীমন মহাপ্রভুবু নীংলবসু কান্তা ভাবকী (রাধা প্রেমগী) চংজকম ওইনা মাবু নীংবনা, মহাক্না অবতার তৌরকপগী মরু ওইবা মানা পাংজবা শোঈবা য়াদ্রবা রাখল্লি।

২৭০। গোপীভাব- রাধা ভাব। কান্ত—পতি (মবুংভো) শ্রীরাধাগী ভাবতা মুনখিদুনা শ্রীচৈতন্যনা মশাবু রাধানি হাঈনা রাখন তৌই অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্কী কান্ত (মবুংভো) নি হাঈনা নীংঙি।

২৭১—৭৩। ব্রজবধূশিংগী (ব্রজগী মৌশিংগী) কান্তাভাব (শ্রীকৃষ্ণবু মবুংভোনি হাঈনা খনবা) অসি অঙকপনি, পাম্বোম অনি পানবা মুরলী থোনবা রাহোং মহুনা

শ্যাম সুন্দর শিখি পিঞ্ছ গুঞ্জা বিভূষণ।
গোপবেশ ত্রিভঙ্গিম মুরলী বদন॥ ২৭২
ইহা ছাড়ি কৃষ্ণ যদি হয় অন্যকার।
গোপীকার ভাব না যায় নিকট তাহার॥ ২৭৩

অর্থ :–

শ্যাম সুন্দর শিখিপুচ্ছ গুঞ্জা পরেং থোনবা।
গোপ বেশ ত্রিভঙ্গিম মুরলী থোনবা॥ ২৭২
অসি নত্তনা কৃষ্ণনা অতৈ মওং ওইবদা।
গোপীকাগী ভাব চংদরে মাগী মফমদা॥ ২৭৩

গৌর-কৃপা-টীকা

কোক্তা থেৎপা গুঞ্জা পরেং থোনবা ব্রজেন্দ্র নন্দন নত্তনা অতৈ কনাগুম্বগী মফমদা কান্তাভব ( মবুংভোগী ভাব ) চংদে. অতৈ কনাগুম্বগী মাদি লাঙ্গৈরদ্রুনা ব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রীকৃষ্ণ মশাংক্তা গোপীশিংগী মতৌ য়েংগে হাঙ্গৈদুনা কাগিগী মশক ওইবা কবিগুম্বা মতমদা। হংগোম্পা মূর্ত্তি শনথং অমা পুগেক্তনা উংপা মতমদা ব্রজবধুশিংনা অংগোম্পা মূর্ত্তি অদুদা কান্তা ভাব চংদে, চংদ্রু যাদে হংঙ্গোইনা থম্রী। বৈকুণ্ঠেশ্বরী লক্ষ্মী দেবীগী কান্তা ভাবকা অনি চাংতদ্রবদা ব্রজগোপীশিংগী কান্তা ভাবনা অওকপা ওইনা ফজবা হেনবগী মা ইরি; লক্ষ্মী দেবীনা শ্রীনারায়ণগী থবাক্তা তাম্থোইদুনা লৈরবস্ত্র শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগীদমক তপস্যা ফাওবা তৌখি। "যদ্বাঞ্ছয়া শ্রীর্ললনাচরত্তপো বিহায় কামান সুচিরং ধৃতব্রতা॥ শ্রীভা. ১০। ১৬ ৩৬॥"

শিখিপিঞ্ছ শিখীগী ( মাহোংগী ) পিঞ্ছ ( মমৈ ); মাহোং মতু।

গুঞ্জা চংনিং ( কুচ, কাইচ ) মহৈ। গুঞ্জা মখন অনি থোক্লা লৈ অঙাংবা জাৎ অমা অঙৌবা জাৎ অমা,। থোক্তা মাহোং মতুগী চূড়া, থবাক্তা গুঞ্জা পরেং থোল্লী। ত্রিভঙ্গিম— মথেক অহুম (১) ওক (২) খাং (৩) খুউ মফম অহুম অসি কোল্লপা লেপ্পা। মুরলী থোনবা—মহাক্কী চিবান্দা মুরলী লৈবা। শকওং অসিনা গোপীকাগী পুক্নিং চিংসিল্লী, শকওং অসি নত্তবা অতৈদা গোপীশিংগী কান্তাভাব চংদ্রু মাদে। প্রমাণ মথাদা উচ্চরি।

তথাহি ললিত মাধবে (৬।১৪)—

গোপীনাং পশুপেন্দ্রনন্দন জুষো ভাবস্য কস্তাং কৃতী,
বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহ পদবী সঞ্চারিণঃ প্রক্রিয়াম।
আবিষ্কুর্ব্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন ভুজৈর্জিষ্ণুভি—
র্যাসাং হন্ত চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয়ঃ কুঞ্চতি॥ ৮

গৌর-কৃপা-টীকা

অন্বয়। দুরূহ পদবী সঞ্চারিণঃ (তাকবা লম্বেন চৎলিবী) পশুপেন্দ্র নন্দনজুষ (শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুক্লিং লুপ্লিবী) গোপীনাং (গোপীশিংগী) ভাবস্য (কান্তা-ভাবকী) কং (অদুম ওইবা) প্রক্রিয়াং (মশক মওং) বিজ্ঞাতুং (খঙবা) কঃ (করম্বা) কৃতী (পণ্ডিতনা) ক্ষমতে (ঙমগদগে)? [যতঃ] (মরম অদুনা) হন্ত (অঙকপগী মরমদি) জিষ্ণুভিঃ (জয় লৌবা, জয় ওইবা) চতুর্ভি ভুজৈ (খুৎ মরিনা) অদ্ভুতরুচিং (অঙকপা-ফনা নিংথিজবা) বৈষ্ণবীং তনুং (বিষ্ণু মূর্ত্তি) আবিষ্কুর্ব্বত্তি (পুরোক্লিবা) তস্মিন (মাদুদা-শ্রীকৃষ্ণদ) অপি (অমসুং) যাসাং (মখোইগী গোপীশিংগী) রাগোদয়ঃ (কান্তাভাবনা হুংশিবা) কুঞ্চতি (চদে, হন্ধোই)

অনুবাদ। গোপীশিংগী পুক্লিং, নন্দ-নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্পা অমসুং মী অতৈ মতোপ্পনা চৎপা ঙম্বা দবা অকনবা লম্বী হাঙৈবদি সংসারিকী বুদ্ধিনা লাপ্পা ফংবা বোইদব। ভাবকী মওং মশকপু পণ্ডিত কনানা খঙনা ঙমগদগে? (কনানা খঙবা ঙমলোই) মরম অদুনা অঙকপা মশক ওইবিন্দি, মশাগী-মহৌশানি মশক (লোৎসিন্দুনা ফাগি তৌবা নাই। কৃষ্ণ শানগী মওংনা) তৌসিন্নদুনা নন্দগী মচানা জগৎ পুম্নমকপু জয় তৌবা ভাগী পাম্বোম মরি পন্দুনা অঙকপা ফংনা ফজনা শ্রীবিষ্ণু মূর্ত্তি ওইনা ফোংদোক্লকবসু ফোংদোক্লিবা অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অদুদা গোপীশিংগী কান্তা ভাবকী হুংশিবা অদু চংঙু মাংদে হাঙ্গাইনা খল্লী। ৮

ললিত মাধব কৌবা লাইরিক্তা ইবি—করিগুম্বা মতম কম অমদা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেংথিবদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ল্লাখিবনা থাংবা ঙমত্রদুনা যমুনা তুরেন্দা চোংথরম্মী। মাদু উবদ বিশাখান চংবা সখী পুম্নমকসু চোংথরম্মী। সুখিংবী মচানুপী যমুনানা গোপী ময়াম অদুবু পুদুনা সয্যাদবগী মনাক থংখ্র। মফম অদুদগী শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা অরাবা

# গৌর-কৃপা-টীকা

অদু কোকপা লৈতে, মাতুদা মুমিংকী মুপী ছায়ানা শ্রীরাধাবু মতৌ করম্না থেমজিনগদগে হাঙ্গৈবগী উপায় অমা নীংসিংলক্লে। সূর্য্যমণ্ডলগী ময়াইদা লৈরিবা নারায়ণগী মশক অসি কৃষ্ণগা খেন্নদে হাঙ্গৈনা ছায়াদেবীনা মপুক্লিংদা খনখি, সূর্য্যমণ্ডলদা লৈরিবা নারায়ণ অসিমক শ্রীরাধাগী চাম্নথোইবনি; মরম অসিনা মহাক্না লোঙ্গৈননা উন্নহল্লং দি শ্রীরাধাগী অন্নাবা কোকপা ওমগনি খনখি। মরম অদুনা মহাক্না শ্রীরাধাদা হাঙ্গৈরম্মী "রাধে! নং রারুবগদু; নংগী নথন্নাইনা পামজবা অদু সূর্য্যমণ্ডল অসিদা লৈরে।" ছায়াদেবীগী রা তাবদা বিশাখানা হাঙ্গৈরম্মী, হাঙ্গৈরিবদু শ্লোক অসিদা কোংদোক্লিবা অসিনি।

দুরূহ-পদবী-সঞ্চারিণ — অতৈ অং োপ্পনা চংবদা মতিক চাত্রবা. লম্বেল্দা চংলিবী; ষষ্ঠী বিভক্তি, "ভাবকী" বিশেষণ। গোপীশিংগী ভাব কান্তাভাব—দুরূহপদবী সঞ্চারী অংতাপ্পা কনা অনতনা কেদৌউদম্মু চংপা ওম্নরোইদবা-অদুগুম্বা লমৌদা চংলিবী গোপীশিংনি, করি অমুক হাঙ্গৈগদগে লম্বেল অদু গোপী নত্তুনা অংত ংতোপ্পনা খংবা ঙমদে, মরম অদুনা মক্ষম অসিদা দুরূহ-পদবী সঞ্চারীগী অর্থ-ংতোপ্পা মীগী বুদ্ধিগী রাংননি, রাখম্না লাম্বা ফংবা নত্তে।

পশুপেন্দ্র-নন্দন-জুষঃ—পশু (যণ) খিবিকপু ও কপা মখোঙ্গৈনা, মখোঙ্গৈবু পশুপ গোপ কৌই, মখোঙ্গৈগী মনুংদা ইন্দ্রগ মান্নবা হাঙ্গৈদি নিংথৌ ওইবা মহাক, মহাকপু পশুপেন্দ্র—শ্রীনন্দ মহারাজ; মহাক্কী মচা পশুপেন্দ্র নন্দন ব্রজনিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্কী সেবা (জুষ ধাতুগী অর্থ সেবা) তৌই, অদু ইব দি পশুপেন্দ্র নন্দন জুট্-পাসিগী ষষ্ঠী বিভক্তিদা পশুপেন্দ্র নন্দন জুষঃ; মসি "ভাবগী" বিশেষণনি। মর্ম্ম যদুদা একমাত্র ব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্তুনা লৈবা কান্তাভাব ওইনা।

পাম্বোম্ব অনি পানবা ব্রজেন্দ্র নন্দননা গোপীশিংগী কান্তা প্রেমগী অনক্তা ওইবা বিষয়ালম্বন হাঙ্গৈবা থগনৈ। গোপীনাং ভাবস্য—গোপীশিংগী ভাবকী—কান্তা ভাবকী। ভাব অসি কয়ম তৌবনো? মী অংতনা চংপা ওমদবা লম্বেল অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবা ওইবা। প্রক্রিয়াং—মশক, মওং, গোপীশিংগী কান্তাভাবকী মওং মশক। বিজ্ঞতুং— নিংথিনা থগবা। জিহ্মৃতিঃ চতুর্ভিঃ ভুজৈঃ—জয় ওইবগী মশক ওইবা খুৎ মরিনা।

## গৌর-কৃপা-টীকা

জিষ্ণুস্তি • ( জয়শীল ) শব্দনা খণ্ডনবদি, শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পাইবা খুৎ মরি পানবা শ্রীবিষ্ণুনা পুন্নমকপু জয় তৌবা ঃমই।

জয় তৌবা ওম্বা খুৎ মরি অসিন, গে পীশিংগী ভাবপুদি জয় তৌবা ওমদে— খুৎ মরি পানবা উবগা কান্তা ভাব নিংসিংবদি লাইরবুনা হঙোইবা পোকই। বৈষ্ণবীংতম্মু- বৈষ্ণব, বিষ্ণুমূর্ত্তি রাগোদয়- রাগ ( কান্তাভাব ওইবা মুংশিবা ) পোকপা নত্রগা মুংঙাইবা/কুণ্ঠিত হঙোই ( খওইদে, পামদে )।

ব্রজগী নিংথিবীশিংগা ভাব অসি তংগী মাধুর্য্যময়নি, শ্রীকৃষ্ণবু লাইনি তৌওম্বনি। হাইনা মখোইগী মপুক্রিংদা খন্দ, মখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজরাজনন্দননি অমসু মখোইগী থরাইগী মপুনি হাইনা খল্লী। মরম অদুনা ছায়া দেবীগা রা তাবদা বিশাখানা অহানবদা ভবত বমদে—মহাকা নবিনী সূর্য্যংশদা লৈবা নারায়ণবু শ্রীরাধাগী প্রাণবল্লভ হায়রিংনো হাইবসে। মতম অদুদা বিশাখানা নংশিংলক্রে, শ্রীকৃষ্ণগী মমং থোনবগী মতাংদা গর্গাচার্য্যনা হাইখিবগুম তৌই—শ্রীকৃষ্ণগা "নারায়ণগা গুণ নাৱৈ।" মাসি নীংশিংলদুনা নারায়ণগা শ্রীকৃষ্ণগা গুণ মান্নৈ। বণ নৈন্নৈ হাইদুনা ছায়াদেবীনা নারায়ণবু শ্রীরাধাগী প্রাণবল্লভ হাইরিমান্নে। অসুম হাইনা বিশাখানা নীংদুনা ছায়া দেবীদা হাইরকই।

"নংনা খনব্র, সিধু মু বু শীরধানা উনগা কৃষ্ণগী নরমদা রাবিবাস কোকনি। হাইন, মদুদ নংনা নান্নরনা খল্লে। ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবা বিষ্ণু মূর্ত্তিগী রাদি খমু-খম্নিখো, ব্রজেন্দ্র-নন্দন নশামক্রা ফাগি তৌগে হাইদুনা ব্রজগী নিংথিজবাখিবিক খোমজিন্দুনা পাংলোম মরি পান্দুনা উহনখি, মাদু উবা ফাওবদা শ্রীরাধাগী কান্তাভাব হঙোইনা খনখি। শ্রীরাধাগী রাদি লাইরবুনা মাগী মমান্নবা সখীশিংগী কান্তাভাব অদু ফাওবা হঙোইনা খল্লী। বিশাখানা অখণ্ডবা লালা শ্লোকা হাইরিবদু কবিরাজ গোস্বামীনা ২৭৪-৮০ পয়ারদা ইরি।

মতম অমদা বসন্তগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবধু পুন্নমক্তা লোইননা গোবর্দ্ধনদা রাস লীলা শান্নরম্মী। ইথত খণ্ডহৌদনা নিভৃত-নিকুঞ্জদা শ্রীরাধা মতোমদবু পুত্নুনা চংনীংলক্রে;

গৌর-কৃপা-টীকা।

শ্রীরাধাদা ইঙ্গিৎ তৌদ্রনা খওহল্লম্নগা রাস-শাম্নকমদগী মাঙখোকখ্রে। অদুদগী নিভৃত-নিকুঞ্জদা শ্রীরাধাবু ডাইদুনা কমথুনা লৈরে। অসোমদনা রাস শাম্নকমদা শ্রীকৃষ্ণবু উত্রবদা গোপীশিংনা রাস-শাম্নকম থাদে তুনা অস্থুম-অস্থুম শ্রীকৃষ্ণবু শিনবপদা অর প্রদা শ্রীকৃষ্ণনা বোন অমদা লৈবা অদু উরে। শ্রীকৃষ্ণসু ময়াম্না থিরকপতু উরে। শ্রীকৃষ্ণনা ময়ামু উহল্লোই হাঙ্গদুনা চেন্নগা অমুক গোপীশিংনা কাবা অসিদা পুক্লিংদা নীংশা খজিক্তং কাঙরে। চেন্নীংঙাই অতে উপায় লৈত্রদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মওন-মওন খল্লকই -“ওঙ্খোকপনি। করি তৌগনি? হৌজিক ঐনা থুং অনি পাল্লিবসিগী মথক্তা অমুক থুং অনি অমা হাপকৎতুনা থুং মরিগুনা পানবা ওম্নবদি গোপীশিংগী মখুৎতগী হিংবা ঙম্বা য়াই— কুচুমাম্নে হাঙ্গনা মখোঙ্গনা নীংদুনা ইনাক-তাম্না লাল্লবসু নবশিল্লগা থুং মরি পানবা উবদা মখোঙ্গী মশানা নত্রমাল্লে নীংদুনা হন্দোকচখিদুনা অতোপ্পা মকমদা চচ্চখিগনি। অদু ওইরবদি থুং অনি অমদি কদাইদগী লৌরগনি? ব্রজদা মাধুর্য্যগী পূর্ণতম্না মপুংফানা লৈববসু ঐশ্বর্য্যসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌনীংদুনা মতম চাবা ঙাইদুন লৈবি। শ্রীকৃষ্ণদ ঐশ্বর্য্যবু শুকপান্মক পামজদে, তৌইগুম্বসু মপুংঙোইবনা থাদোক্লবা মুপীশিং ওদুনা তাঙ্গা অমুক্তং কংলবদি মপুংঙোইবগী সেবা তৌগে হাঙ্গনা ঙাইদুনা লৈবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য শক্তিসু থুদোংচাবা কংবা মতমদা উহনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগা সেবা তৌবি।

মরম অসিনা থুংমরি পাল্লিংগী থাক্তন শ্রীকৃষ্ণনা হেক তৌরকপগা ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিৎ কংদুনা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু থদক পাতংক্তদা থুংমরি পাল্লংনখরে; শ্রীকৃষ্ণনা মাগী থুংমরি অদু উবদা ওকখ্রে অমসুং মুংঙাইজরে। মথক অসিদা গোপীশিংনা কুঞ্জদা থুংলদুনা শ্যামসুন্দর মূর্ত্তিবু যেংবা মতমদা পুমঙক-কেখ্রে। মহাক্তি মহোঙ্গী থরাইনা মুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণ ওইরমদ্রে, থুংমরি পানবা নারায়ণ ওইবল্লে। কান্তা ভাব অদু পোক্রে হঙ্গোইরে। মখোযনা থুং অনি পোম্নদুনা শ্রীনারায়ণদা খুরমজরগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংহনবিয়ু হাঙ্গনা হাঙ্গজরগা অতোপ্পা মকম অমদা শ্রীকৃষ্ণবু থিবা চৎখ্রে। (শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা ফাগি তৌগে হাঙ্গদুনা অতোপ্পা মূর্ত্তি শকওং অমা হোংবা মতমদা শ্রীরাধাগী মনাম্নবী লোঙ্গনবীশিংগীসু ভাব অদু হঙ্গোইবা পোকই)।

গোপীশিংনা হেক চৎখিবগা শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা লাপ্পা উবা ফংলে থুদোংথিবা লৈতনা শ্রীরাধা মহোমদা উনগনি হাঙ্গবসি খল্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা মুংঙ ইজে, থুংমরি অসি রাধানা

বসন্তকালে রাসলীলা করে গোবর্দ্ধনে।
অন্তর্দ্ধান কৈল সঙ্কেত করি রাধা সনে॥ ২৭৪
নিভৃত নিকুঞ্জে বসি দেখে রাধার বাট।
অন্বেষিতে আইলা তাহাঁ গোপিকার ঠাট ॥ ২৭৫

অর্থ :—

বসন্তকালদা রাসলীলা শাম্নে গোবর্দ্ধনদা।
অন্তর্দ্ধান ওইখরে সঙ্কেত তৌরগা রাধাদা।। ২৭৪
বিভৃত নিকুঞ্জদা ফমহুনা ওইরি রাধাবু।
গোপীকা কাংবুনা থিবা লাক্লে শ্রীকৃষ্ণবু।। ২৭৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

উরগা অঙকপা অমা ওইখিনি হাঙ্গনা খল্লবস্থ মুংঙাইবদি হেনগৎলী। তৌইগুম্বং অঙকপা অমদি থুং মথি অসি খম্বদ (লিহুনবদা) মাঙান্দা অবাবা অমা ওইবক্লে, শ্রীরাধানা খল্লা-খবা নবশিল্লব। আসদা অথোইবা (অহেনবা) থুং অনি অহু য়াম্না থুনা মাঙ্গদবগী থোৱা তৌবক্ত, থু অন অহু থমবিগে ম্রাওহনখিগে হাঙ্গনা কম্না হোৎনববস্থ যাওহনবা ওম্ন ক্রু কৃষ্ণন গেৎব অহু অরেম্বা ওইরে, শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীরাধানা তশেংনা উবমদাইগী মতম অসিদা শম্নেনবা থুং অনি অহু মাঙ্গ শ্রীকৃষ্ণনা থুং অনীদা পান্দুনা ফমহুনা লৈরে। মসি মহাভাবগী শক্তি ওইবী শ্রীরাধাগী অশেংবা মধুর্য্যময় ওইবা অঙকপা গুনানি। শ্রীরাধাগী মাঙদা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা লেপ্পা ঙমদে মগুণ পুথোকপা ঙমদে। অদুগ গোপীশিংগী অশেংবা মাধুর্য্যময় হাঙ্গববু ঐশ্বর্য্য শক্তি ও ইহাক্তং লেপ্পুনা শ্রীকৃষ্ণবু মথুং মথি পননা ওইনা উহনখি। শ্রীরাধাগী তাবত্তি থ্বাইদনী হেম্না রাংক্তি, কম্নী, শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না কম্ন ঐশ্বর্য্য শক্তি পামদবাবু শক্তি অহু শ্রীরাধাগী মমাংদা মপান থেংকপা ঙমদে।

২৭৪—৭৫ গোবর্দ্ধন চীগী মনাক্তা বাসৌলি কৌবা মফম অমা লৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাদা মফম ভহুদা শম্নরুসি হাঙ্গনা ইঙ্গিৎ তৌরম্লগা অন্তর্দ্ধান ওইখ্রে অহুদগী নিকুঞ্জদা কমহুনা রাধা লাকদবা লম্বীরোমদা যেংহুনা লৈরে।

দূরে রৈতে কৃষ্ণ দেখি কহে গোপীগণ ।
এই দেখ কুঞ্জের ভিতর ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২৭৬
গোপীগণ দেখি কৃষ্ণের হইল সাধ্বস ।
লুকাইতে নারিলা ভয়ে হইলা বিবশ ॥ ২৭৭
চতুর্ভুজ মূর্ত্তি ধরি আছেন বসিয়া ।
কৃষ্ণ দেখি গোপী কহে নিকটে আসিয়া ॥ ২৭৮

অর্থ :-

কৃষ্ণবু তবাপ্পদগী উত্তুনা হাঙ্গৈনবে ।
যেংঙু অসে কুঞ্জগী মনুংদা কৃষ্ণ লৈবে ॥ ২৭৬
গোপীশিংবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণনা কিরে ।
লোংপা ঙমদ্রে কিবনা অ্যান তাখিদবে । ২৭৭
পদ্মোম মরি পানবা মূর্ত্তি লৈইনা ফমদুনা লৈবে
কৃষ্ণবু উরগা গোপী চনকুনা হাঙ্গল্লে ॥ ২৭৮

গৌর-কৃপা টীকা

২৭৭ ৭৮। লোম্ব ব শাংফন থ দোকুনা মতে য নিঙ -নিবুঞ্জদা ফমদুনা লৈবগী মগম হাইবা পারম্দি করি কপ্ব হাইগনি হউইবনি খনদ , কৃষ্ণ পুক্নিংদা অকিবা অমা পেবে । মবম দ—মত রা শ্রীরাধগা লোইনা অচিকদ শাগে হাইবগী-দমক চেনবনি হাইবসি গোপীশিংগী মফমদা হাইবা ঙম লই, ক শুম্বা হউকবা থোক্লে বদি গোপীশিংনা যাম্না শাউগিদৌবি ওইংশিগ দৌবি হউইনা নাংহুনা চিংরে ।

-

কুঞ্জ থাদোংগা অতোপ্প মফমদা লৈবগা লাংপ ঙমদ্রে, চেংবা নত্তপ্প লাক্রে । গোপীশিংনা থুংঙবদা মতমদা চেল্লদু যাম্ন পুকচেন চিবুপগী লৈংমা মাংগন, অসম থন্দুন, কুঞ্জদা ফম-ফম্না কিবনা তুংনংনবে । কিমনপ্রহুমা মশা গোপ যানবগীদমক থুং মরি পাম্নবগীদমক ইচ্ছা শক্তিনা ইঙ্গিং তৌহুনা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা ম মরি পলচন থ্র, থুং মরি পান্নবা কৃষ্ণ অসিন, কুঞ্জদা ফংহুনা লৈব । গোপীশিংম মনু নপ্রি চংদি কৃষ্ণনি হাঙ্গমা পুক্নিংনা নীংকম্মা নকশিল্লগদি ওইরনত্রে ।

ইহোঁ কৃষ্ণ নহে, ইহোঁ নারায়ণ মূর্ত্তি।
এত বলি তাঁরে সভে করে নতি-স্তুতি।। ২৭৯
নমো নারায়ণ দেব! করহ প্রসাদ।
কৃষ্ণসঙ্গ দেহ, মোরে খণ্ডাহ (ঘুচাহ) বিষাদ।। ২৮০
এত বলি নমস্করি গেলা গোপীগণ।
হেন কালে রাধা আসি দিলা দরশন।। ২৮১
রাধা দেখি কৃষ্ণ তাঁরে হাস্য করিতে।
সেই চতুর্ভুজ মূর্ত্তি চাহেন রাখিতে।। ২৮২
লুকাইল দুই ভুজ রাধার অগ্রেতে।
বহু যত্ন কৈল কৃষ্ণ নারিল রাখিতে।। ২৮৩

## অর্থ :—

মসি কৃষ্ণ নত্তে মসি নারায়ণ মূর্ত্তিনি।
অসি হায়দুনা গোপীনা মাবু খুরুম্বনি।। ২৭৯
খুরুমজরি নারায়ণ দেব ঐখোয়বু চানবিয়ু।
অরাবা বোকহনবিয়ু কৃষ্ণ ফংহনবিয়ু।। ২৮০
অসি হায়দুনা খুময়। গোপীশিং চৎখ্রে।
মতম অদুনগুদা রাধা চংলকপা উরে।। ২৮১
রাধা উবদা কৃষ্ণনা নোকহনগে হায়দুনা।
খুৎ মরিনী মূর্ত্তি থম্বা পাম্বনি কৃষ্ণনা।। ২৮২
রাধাগী মমাংদা পাম্বো মাঙ্খৎখ্রে।
মাংডদনবা হোৎনবদা কৃষ্ণনা ঙমদ্রে।। ৮৩

---

## গৌর-কৃ।। টীকা

২৭৯—৮০। মহাক্তি নারায়ণনি, ঐখোইনা অবাপ্পা। মাগী মখুৎ মরি অসি উদদুনা লায়না কৃষ্ণ ওইরবে হায়না মশক্ত লৌনি। গোপীশিংনা কুমজরগ হায়রবই—"হে নারায়ণ। ঐখোইবু চানবিদুনা ঐখোইগী প্রাণবল্লভ (থবাইনা নুংশিজব) শ্রীকৃষ্ণবু উনহনবিদুনা অবাবা কোকহনবিয়ু।

২৮১—৮৩। গোপীশিংনা হেক চৎখিবগা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা চংলকপদু লায়না উবা ফংই। শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু নোকহনগে হায়বগীদমক রাধাগী মোঙদনা হয়াং-কুইম্ম কাপি

রাধার বিশুদ্ধ ভাবের অচিন্ত্য প্রভাব।
যে কৃষ্ণেরে করাইল দ্বিভুজ স্বভাব॥ ২৮৪

অর্থ :—

রাধাগী অশেংবা ভাবকী অঙবপা গুণনা।
পাম্বোম অনিদা পানথরে মহৌশাগুম্না॥ ২৮৪

---

গৌর-কৃপা-টীকা

শান্নমিন্নগে হাঙবগী খুং মন্নি অহু ইকাই-নাঙদনা থম্বা পাম্বনি। অহুবু শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মমাঙ হেক য়ৌরকপদা অগোইনা ( অহেনবা ) খুং অনি অহু শ্রীবামাগী মমাংদা লৈবা ভু দহুনা মাঙাখ্র ( অন্তর্হিত ওইখে )। খুং অনি অহু থম্ননবগীদমক মাঙদনবগীদমক কৃষ্ণনা য়াম্না কন্না হোৎনন্জে। অহুন ওইনমক থম্বা ভমদে মাঙখ্রে; মরমদি, শুদ্ধ মাধুর্য্যগী মশক ওইবা শ্রীরাধাগী মাঙদা ঐশ্বর্য্যনা মাগী ভৌবা ভম্বা মথৌনা অহু নরিগুনা অমত্তা ফোংদোকপা ঙমখিদে।

২৮৪ বিশুদ্ধ ভাব ঐশ্বর্য্যগী মনম মন্নিক অমা ফাওবা লৈতবা।

শ্রীরাধাগী বিশুদ্ধ ভাবতি, মায়াগ বুদ্ধিনা রাখম্না লান্না ফংবা নত্তে, মাহুশা মমাংদা ঐশ্বর্য্যনা খাতবা ভমদহুনা মাতথবা তাংনা। মহেৎশাগী মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণগী খুং অনিনা পনবা অচুম্বহু ওইনা লৈবে। খুং অনি পানর॥ মূর্ত্তিনা গোপ॥ ফজবাশিংগী মপুরিংনা পামজবা মবুংতোনি ( বতিগী বিষয় লম্বননি )। 'শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলা কয়ামক্কী মমুংদা, মী ওইবগী মীগী মশক ওইহুনা শান্নবা লীলানা থাংদগী অগোইবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মশক অসি মীগী মশক্কি।"

২৭৪-২৮৪ পয়ারগী প্রমাণনি মখাগী অসি।—

উজ্জ্বল নীলমণৌ নায়িক-ভেদ প্রকরণে (৬)—

রাসারম্ভবিধৌ নিলীয়বসতা কুঞ্জে মৃগাক্ষীগণৈর্দৃষ্টং
গোপয়িতুং স্বমুদ্ধরধিয়া যা সুষ্টু সন্দর্শিতা।
রাধায়াঃ প্রণয়স্য হন্ত মহিমা যস্য শ্রিয়া রক্ষিতুং সা শক্যাঃ
প্রভবিষ্ণুনাপি হরিণা নাসীচ্চতুর্ব্বাহুতা॥ ৯

## গৌর-কৃপা টীকা

শ্লো । ৯ । অন্বয় । রাসারম্ভবিধৌ ( রাস হৌবা মতমদা ) কুঞ্জে ( কুঞ্জদা ) নিলীয় ( লোৎতুনা ) বসতা ( লৈরিবা ) হরিণা ( শ্রীহরিনা )-মৃগাক্ষীগণৈঃ ( শক্তিগী মমিৎ মানবা মিত্তা ফজবী গোপীশিংনা ) দৃষ্টং ( উবা ) স্বং ( মশাবু ) গোপয়িতুং ( লোৎপদা ) উদ্ধুরধিয়া ( অফবা বুদ্ধিনা ) যা ( মাদু-থুৎমরি ) সুষ্টু ( নিংথিজনা ) সন্দর্শিতা ( ফে.ংদোক্লে ; উহল্লে ) হন্ত ( অহো, ওস্থোকপনি ), রাধায়া ( শ্রীরাধাগী ) প্রণয়স্য ( প্রেমগী ) মহিমা ( মগুণ, মাহাত্ম্য ) [ এবম্ভূসন্তঃ ] ( অসিগুম্বা ), যস্য ( মহাক্কী—রাধা প্রেমগী ) শ্রিয়া (প্রভাবনা, মগুণনা) প্রভবিষ্ণুনা অপি (প্রভাবশালী—পূম্নমক ওম্নবস্যু) হরিণা (শ্রীহরিনা) সা ( অদুম ওইবা ) চতুর্ব্বাহুতা ( থুৎমরি ) রক্ষিতুং ( ওাক্পদা ) শক্যা ( ঙম্বা ) ন আসীৎ ( ওইরমদে ) ।

অনুবাদ । রাস হৌরবদা ( রাস মণ্ডল থাদোক্তুনা ) শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা কুঞ্জ অমদা মশা লোংতুনা লৈরম্মী, মতম অসিদ মিওা ফজবী গোপীশিংনা মফম অদুদা লাক্তুনা মাবু উবা ফংলে. মাদুদা মানা মাগী অফবা বুদ্ধিনা মশাবু লোৎকে হাঈদুনা গোপীশিংবু খঙ্গল্লেই হু ঈদুনা য়াম্না ফজনা থুৎমরি পান্দুনা ফোংদোক্লম্মী উহল্লম্মী ; ওস্থোকপনি ! শ্রীরাধাগী প্রেম গুণ অসি, প্রেমগী মগুণ অদুমক্তুনা থুংমরি পানবা মশক অদুনা ফনা য়াম্না শক্তি লৈদুনস্ব ঐশ্বর্য্য তরুক্লা তিনবা ভগবান ওইদুনস্ব শ্রীরাধাগী মাঙদা থুৎমরি অদু মঙদনবা থ উবা ঙমদ্রে। গোবর্দ্ধন চৌংগী তময়াদা রাসোলী' কৌবা মফমদা বসন্তরাসকী মরমদা বৃন্দাদেবীনা পৌর্ণমাসীগী মফমদা হাঈখিবদু শ্লোক অসিদা ফোংদোকচরি ।

শ্রীকৃষ্ণনা তৌশিন্দুনা থুৎমরি পানখিবদু গোপীশিংগী মমাংদা থম্বা ওম্নবস্যু—শ্রীরাধাগী খঙকপা প্রেমগী গুণগী মমাংদদি থম্বা ঙমদে, মাদু শ্লোক অসিদা ফোংদোক্লি। শ্রীরাধাগী মমাঙদা থুৎমরি পান্দুনা লৈবা ঙমদবা করি মরম্মনো ? খুম্বা—শ্রীকৃষ্ণদি ঐশ্বর্য্য তরুক্লা তিনবা ভগবাননি; মহাক্তি মনিং মথাতঙ্গনি—মহাক্কা ঐশ্বর্য্য পুথোকপগী ভাবতি, মনিং মথা তৌবা, তৌবা ঙমই হাঈবা উৎপনি ; ত্রৌইগুরগুং মনিং-মথা তৌবা ওম্নবস্যু প্রেমগীদি মথা পোল্লী—অদুগা ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানগা পক্নবা তিম্না প্রেমগীদি মথা পোন্দে, মরমদি জ্ঞানগা তিম্নবা প্রেমদি মহাক্ক পোন্দে ; ইবুংঙো মহাক্কা তশেংনা হাঈখি,-"ঐদি পামজদে ঐশ্বর্য্যগা য়াব্রবা প্রেম্ন । ১ । ৩ । ১৪ ॥"

সেই ব্রজেশ্বর ইহঁা—জগন্নাথ পিতা।
সেই ব্রজেশ্বরী ইহঁা—শচী দেবী মাতা॥ ২৮৫

অর্থ :—

ব্রজেশ্বর অদুনা মপা জগন্নাথ ওইবরে।
ব্রজেশ্বরীদুনা মমা শচী দেবী ওইরে। ২৮৫

## গৌর-কৃপা-টীকা

তৌইগুম্বম্নুং ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানগী মনম মরিক অমা ফাংবা পকত্রবা শুদ্ধ মাধুর্য্য-ভাব ওইবা প্রেম অদুনা কৃষ্ণবু খুদুম চল্লী, অদুম ওইবা প্রেম অদুনা কৃষ্ণবু খুদুম চন্দুনা নন্দ-যশোদানা কু-চৈদুনা রাবক্লবস্থু সুবলমচিংবা মমাংমবনা কৃষ্ণগী মবেংবান্দা তোংলবসু অমস্নুং দেহি পদপল্লব মুদারং হাঈদুনা শ্রীরাধাগী চবগা তুববসু শ্রীকৃষ্ণনা হাঈনীংঙাই লৈতনা মুংঙাইজে পৌঞ্জ। শ্রীকৃষ্ণনা অম্নুম ওইবা শুদ্ধ-মাধুর্য্য ভাব ওইবা প্রেমগী মথা পোল্লী হাঈদুনা মগাকী ঐশ্বর্য্য শক্তিসু প্রেম অসিগী মতুংইল্লী শুদ্ধ-মাধুর্যাগী মথা পোল্লী। ঐশ্বর্য্যনা মাধুর্য্যবু নমথনা ওমদে. মাধুর্য্য লৈব মফমদা ঐশ্বর্য্য ফোংদাকপা ওমদে। ব্রজগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য্যবু যাদে. অদুম ওইনমক ঐশ্বর্য্যসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌত্রবদি লৈবা ওমদে, মবম অদুনা ঐশ্বর্য্যসু মহাকী শক্তিনি ঐশ্বর্য্য শক্তি। ইচ্ছাশক্তিগী হঙ্গিং ফংলগা কৃষ্ণ খঙহন্দনা লোম্না সেবা তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা নিভৃত-নিকুঞ্জদা শ্রীরাধা মতোনদগা শান্নগে হাঈনা মক ওইনা লীলম্মা। মবম অদুগী উননবগী থৌরাং খুদোংচাবা অসি ঐশ্বর্য্য শক্তিনা মকওইনা সেবা লৈনা তৌবম্মী। খুদোংচাবা অসি কাঈদনবগীদমক গোপী অহৈবু হন মনুংদা চংলহনবগী উপায অসি ঐশ্বর্য্য শক্তিনা তৌই। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিং ফংদুনা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা খুংমদা পালহন্খি। খুৎমরি অসি টম্নগা গোপীশিংনা মখোঈগী প্রাণবল্লভ ( মবুংঙো ) হেক্তে হাঈদুনা কুঞ্জ থাদোক্তুনা চংখি। মখোঈনা চংশ্রবসু খুৎ মরিদি হকাঈ-কাঈদনা অদুম পাল্লী। অদুদগী শ্রীরাধা লেঙল ক্রু, ইবেম্মা মাগী মথাংদদি খুৎ মরি অদু কৃষ্ণনা লেংহন্দনা থম্নীংলবসু ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা থম্না ওমম্ভে, মাঙম্ভে; মাঙখিবা মরম অসিনা নিভৃত নিকুঞ্জদা শ্রীরাধা মতোমদগা উননবগী থৌরাং মপুংফানা ( লোইবা ফাওনা ) ঐশ্বর্য্য শক্তিনা সেবা তৌবা ওমদে। ব্রজগী ঐশ্বর্য্যদি মাধুর্য্যগী মতুংইল্লী। মরম অদুনা মাধুর্য্য লীলাগী হম্ন-চৈনবা ওইনা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা তৌবা ওমদে, লীলাগী মরা লাঈননবগীদমক খুদোংচাবা মফমদা সেবা তৌবা য়াই।

সেই নন্দসুত ইহঁা চৈতন্য গোসাঞি।
সেই বলদেব ইহঁা—নিত্যানন্দ ভাই। ২৮৬
বাৎসল্য দাস্য সখ্য—তিন ভাবময়।
সেই নিত্যানন্দ কৃষ্ণচৈতন্য সহায়॥ ২৮৭

অর্থ :—

নন্দগী মচা অহুনা চৈতন্য ওইরে।
বলদেবনা ময়াম্বুং নিত্যানন্দ ওইরে॥ ২৮৬
বাৎসল্য-দাস্য-সখ্যভাব অহুমক ওইরে।
নিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্যগী পাম্বে ওইরে॥ ২৮৭

---

গৌর-কৃপা টীকা

২৮৫–৮৭। পয়ার ২৮৫না হন্নচত্ত্র, দাস ভাবত মশাগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবনা শ্রীমন মহাপ্রভুনি অতবাগী মকওইবা মরম করবা ওইবাসু, বিষয়রূপে (কৃষ্ণ ওইনা) মহাত্মা ভক্ত মথল মবিনী ভাবস্মু আস্বাদন তৌই, ভক্ত মখা নাসিগা লোইননা অবতীর্ণ সে ইগল্লী, ওই, মখোই মমুংদা কনান বরগ ভাবকী ভরনে, কনাগী করম্বা ভাব প্রভুনা চুম্মগে মাহু হৌজিক হঙ্গ বক্ক।

দ্বাপর যুগতা ব্রজরাজ নন্দ হৌখিবনা নবদ্বীপ্তা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মপা জগন্নাথ মিশ্র ওইরম্নে। ব্রজরাজগী মপী যশোদানা নবদ্বীপ্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মমা শচী দেবী ওইরম্নে। শচী মাতা অমস্তুং জগন্নাথ মিশ্র অনি অসি প্রভুগী মমা-মপানি হায়িহনা মখাঙিদি বাৎসল্য ভাবনি, প্রভুমু বিষয়রূপে (কৃষ্ণ ওইনা) মখে ঈগী বাৎসল্যরস চুপ্পী। দ্বাপরদা নন্দ-নন্দন শ্রীকৃষ্ণ ওইরম্লবনা নবদ্বীপ্তা শ্রীচৈতন্য প্রভু ওইরবে। শ্রীবলদেবনা শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ ওইরবে। শ্রীমন্নিত্যানন্দগী ভাব—দাস্য (মনাই) সখ্য (মরূপ) অমসুং বাৎসল্য (মচানা মুংশিনা) ভাব অহুম তিরুহনা লৈ। মরাম্বা অহুম্বা মনাওগী নফমদা লুংশিনবা লৈবা অহু বাৎসল্য ভাবনি। প্রভুমু নিত্যানন্দগী ভাব অহুম অসি চুপ্পী। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী তেংবাংবা ওইনা নাম প্রেম-প্রেমনবগী থবক মরু ওইনা তৌই।

প্রেমভক্তি দিয়া তিঁহো ভাসাইল জগতে।
তাঁহার চরিত্র লোক না পারে বুঝিতে॥ ২৮৮
অদ্বৈত-আচার্য্যগোসাঞি ভক্ত অবতার
কৃষ্ণ অবতারি কৈল ভক্তির প্রচার॥ ২৮৯
'সেখ্য দাস্য' দুই ভাব সহজ তাঁহার।
কভু প্রভু করেন তাঁরে গুরু ব্যবহার। ২৯০

অর্থ :-

মহাত্মা জগৎ তাউশিনী প্রেম ভক্তি পীদুনা।
মগী মরমচংপু থওবা ঙ.দে মীশিংনা॥ ২৮৮
অদ্বৈত-আচার্য্য গোশাঞি ভক্ত অবতারনি।
কৃষ্ণবু পোকহন্দুনা ভক্তি শন্দোক্লবনি। ২৯৮
মহাকী মহৌশাগী ভাব সখ্য দাস্যভাবনি।
প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতদা গুরুনি নৌংবনি। ২৯০

---

গৌর কৃপা টীকা

২৮৮—২৯০। শ্রীনিত্যানন্দনা করব্রাদন অং বিচার ইতৌ তৌদনা থেংনা-রোনরুবা মীনা প্রেম-ভক্তি দান তৌদুনা প্রভুগী নিবা নতুংইন্না লেক তৌই। নিত্যাইগী লমচত্তি সাধ ব্রণগী মীনা বুঝিনা লাম্ব। ফংদ নত্তবদ যাম্না লুখরে

মকম অসিদা য়াহং অমা লাকপা য়াবে, মরুদি—শ্রীনিত্যানন্দ দদি—দাস্য সখ্য বাৎসল্য প্রেম মখল অহুম্না তিল্লী হাঙ্গনা বাখা তৌরিবনিনা গোপী ভাবদি খঙবা দবা ত্যাহ, চিংথরগ্না মরম্না॥ শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়ন "হেন নিত্যাই বিনে ভাই রাধা কৃষ্ণ পাইতে না" হায়রম্মিগী অর্থদি:—নিত্যাই অসি অনন্তনা সাইবান্না। অমত্তুনা স্বয়ং ভগবানগী থাংচেংফি ওই, লৈতেং পলংক ওই। মবুংঙেগী পুন্নিং থুনবা সেবা তৌই হাঙ্গদুনা অনন্তগী অতোপ্পা মমি অমা শেষ-শায়ী (মপ মশক থওবা—পাখওবা) কৌই। মরম অসি লৈবদগী শ্রীরাধা-কৃষ্ণ যংগে হ ঊম্বদি নিত্যাইগী কৃপা নত্তংদি ফংদে হাঙ্গবিবনি।

শ্রীবাসাদি যত মহাপ্রভুর ভক্তগণ।
নিজনিজভাবে করেণ চৈতন্য সেবন॥ ২৯১
পণ্ডিতগোসাঞি—আদি যাঁর যেই রস।
সেই সেই রসে প্রভু হন তাঁর বশ॥ ২৯২
তেঁহো শ্যাম বংশীমুখ গোপ বিলাসী।
ইহোঁ গৌড় কভু দ্বিজ—কভু ত সন্ন্যাসী॥ ২৯৩

অর্থ :—

মহাপ্রভুগী ভক্তশিং শ্রীবাস-নচিংবনা।
চৈতন্যবু সেবা তৌই মশাগী ভাব চংনা॥ ২৯১
পণ্ডিতগোসাঞিনচিংবা মাসা পামজবা রসনা।
প্রভুবু খুত্নম চগ্না মহাক-মহাক্না রসনা। ২৯২
মহাক বংশী থোনবা শ্যামনি, মণ শেনবা জাতিনি।
কবিগুম্বদা গৌর দ্বিজ সন্ন্যাসী ওইবনি॥ ২৯৩

গৌর-কৃপা-টীকা

শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যাদি মহাপ্রভুগী দাস (মনাই) সখা (মরূপ) কী ভব ওইনা মরম অন্দীথোক্না সেব তৌই। মধুর ভ বনা সেবা তৌ ম্লোন হাঙ্গনা নীংই। তেইগুংসু শ্রীমন মহাপ্রভুনা বরি করিগু দা শীঅদ্বৈতবু গুরুগী মহৌৎস্না সম্ম ন তৌই। (শ্রীঅদ্বৈতাদি শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরী গী গুরুগী নচিন নওনি হ ঙ্গুনা)। প্রভুনা ভক্তগী পুকচেম মতুং-ইন্না সেবা লৌবি

২৯১। শ্রীবাসনচিংগ ভক্তশিনা শ্রীচৈতন্যগী মংগাইনি হাঙ্গনা খন্দুনা সেবা তৌই।

২৯২। শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী ভ বতি মধুর ভাবনি। মহাক্না শিখ্য মনাই-শিংদি মধুর ভাবক পুকচেম চেননা চাক্ননি। প্রভুবু গোপী ভাবনা থুত্নম চগ্নী।

মণিপুরগী শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ বৈষ্ণবগী গোপী ভাবকী মতুং-ইন্না শ্রীশ্রী গোবিন্দ-জীদা সেবা চংলম। মণিপুরগী মীতৈ বৈষ্ণব ভয়াম্বা গোপী ভাব চংলী।

সেই কৃষ্ণ সেই গোপী পরম বিরোধ।
অচিন্ত্যচরিত্র প্রভুর অতি সুদুর্ব্বোধ ।। ২৯৫
ইথে তর্ক করি কেহো না কর সংশয়।
কৃষ্ণের অচিন্ত্য শক্তি এই মত হয়।। ২৯৬

অর্থ :—

কৃষ্ণগা গোপীগা পূনবদি ওইথোক্তবনি ।
প্রভুগী লমচং অঙকপনি খঙবা লুবনি ।। ২৯৫
মাসিদা তর্ক তৌতুনা চিংনরোইদবনি।
কৃষ্ণগী অচিন্ত্য শক্তিনা অসুম তৌরিবনি ।। ২৯৬

## গৌর-কৃপা-টীকা

(২) বৃন্দারণ্যে বিহরতা সদা রাসাদি বিভ্রমৈ। হরিনা ব্রজদেবীনাং বিরহোহস্তি ন কর্হিচিৎ॥ তথাচ পাদ্মে পাতালখণ্ডে মথুরা মহাত্মো। গো গোপ গোপিকা সঙ্গে যত্র ক্রীড়তি কংসহেতি। (উজ্জ্বল নীলমণি) সংযোগ বিয়োগ স্থিতিঃ।—পরমব্যোম নাথনা মফম খুদিং চৎতুনা অবতার তৌই। (শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ) অবতার ময়াম অসি বৃন্দাবন চন্দ্রদগী চোংথারকপনি হাঙইতুনা মাগী মমিং অমা অবতারাবলীবীজ কৌই। বৃন্দাবনচন্দ্রদি অবতার নত্তে। (ভক্তি রসামৃত সিন্ধু)।।

২৯৫। মাদনরস অসি বিপ্রলম্ভরস কী মনুং চান্দ, সম্ভোগ রস কী মনুং চল্লী হাঙইবদি অরাবগী মনুং চন্দে নুংডাইবগী মনুং চল্লী। মিকুপ খুদিংগী আলিঙ্গন ওইনিং-বত্থব মাদন রসকী খুদমনি। কৃষ্ণগা শ্রীরাধাগী মাদনাখ্য প্রেমগী মপূ বিষয় ওইরিবা কৃষ্ণ মহাক্কা গোপীগা মাদনাখ্য প্রেমগী চংজফম (আশ্রয়) ওইরিবা শ্রীরাধাগী ভাব লৌরগে পয়ার ২৬৮ দগী খঙবা ঙমই, রাধা ভাব-কান্তি যুক্ত শ্রীকৃষ্ণ হাঙইবদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য শ্রীরাধাগী কান্তা ভাবকী মাদনাখ্য ভাবকী বিষয় অমসুং আশ্রয় অনিমক পূন্না ওইরগে। তৌইগুম্বসুং মী অমতনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মতোমতনা মতৌ করম্না মপূ (বিষয়) অমসুং মনাই (আশ্রয়) অনি পুন্না ওইবা য়াগদগে, মাসি য়াম্না ওন্না তৈনবনি; ওইথোক্তবনি পাত্র অমতদা ওন্না তৈনবা ভাব অনি (১) বিষয় জাতীয় অমা (২) আশ্রয় জাতীয় অমা মপূ মনাইগী ভাব অনি অসি পূন্না লৈফম তিন্নগে; মাসি ওইথোক্তবনি। অঙকপ-নি লমচং অসিনচিংবা প্রভুগী অঙকপা শক্তিগী গুণনা ওন্না তৈনবা অনি পুনবা য়াদবসি পুনবা য়াহল্লে।

অচিন্ত্য অদ্ভুত কৃষ্ণ চৈতন্য বিহার।
চিত্র ভাব, চিত্র গুণ, চিত্র ব্যবহার॥ ২৯৭
তর্কে ইহা নাহি মানে যেই দুরাচার।
কুম্ভীপাকে পচে, তার নাহিক নিস্তার॥ ২৯৮

অর্থ :—

কৃষ্ণ চৈতন্যগী লীলা অঙকপা ওইবনি।
অঙকপা ভাব অঙকপা লমচৎনি॥ ২৯৭
তর্কনা থাজদ্রিবা মী অদু ফত্তবনি।
মদুগুম্বা মীদু কুম্ভীপাক্ নরক্তা তাগনি॥ ২৯৮

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ, দক্ষিণ ভাগে, স্থায়িভাব লহর্য্যাম (৫১)
অচিন্ত্যাঃ খলু যে ভাবা ন তাংস্তর্কেণ যোজয়েৎ
প্রকৃতিভ্যঃ পরং যচ্চ তদচিন্ত্যস্য লক্ষণম॥ ১০

---

গৌর-কৃপা-টীকা

২৯৭-৯৮। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী লীলাদি অঙকপনি অমসুং অচিন্ত্যনি (মায়াগী রাখল্লা লাম্বা ফংবা নডে —তর্কযুক্তিগা (মরিগা) রাংমদা ওইবনি। অঙকপা ভাবনি অঙকপা গুণনি বিচারগী রাংমদা লেবনি। মপানগী মীনা তর্ক মরৈ পাম্বন ভগবানগী শক্তিবু বিচারগী রাংমদা লেবা শক্তিবু থাজদে। কুম্ভীপাক - নরক নরল অমগী মমিংনি।

ভগবানগী শক্তি গুণ, মায়াগী রাখনগী রাংমদা লেপ্লাঈবসি ভগবৎ কৃপা ফংবা ভক্ত, বৈষ্ণবনা খঙবা ঙমই : মপানগী মীনা (জীবনা) খঙবা ঙমদে, ভগবানবু থাজদে, থাজদ্রবদি জীব অদু অপরাধ দোষ ফংলগদবনি।

শ্লোক ১০। অন্বয়। যে (পুম্নমক) ভাবা: (ভাব—পোৎ) অচিন্ত্যা (বিচারগী রাংমা) খলু তান (পুম্নমক অদু - রাখনগী রাংমদা লৈবা পোৎ পুম্নমকপু তর্কেণ (মরৈনা) ন যোজয়েৎ (তিন্নদনা যাবেহাই)। যৎ চ (মাদু) প্রকৃতিভ্যঃ (প্রকৃতিগা-প্রকৃতিগী বিকার পুম্নমক্তা) পরং (রাংমা) তৎ (মাদু) অচিন্ত্যস্য (বিচারগী রাংমগী) লক্ষণম (লক্ষণনি, মতৌনি)।

অদ্ভুত চৈতন্যলীলায় যাহার বিশ্বাস।
সেই জন যায় চৈতন্যের পদপাশ ॥ ২৯৯
প্রসঙ্গে কহিল এই সিদ্ধান্তের সার।
ইহা যেই শুনে, শুদ্ধভক্তি হয় তার ॥ ৩০০
লিখিত গ্রন্থের যদি করি অনুবাদ।
তবে সে গ্রন্থের অর্থ পাইয়ে আস্বাদ ॥ ৩০১
দেখি গ্রন্থে ভাগবতে ব্যাসের আচার।
কথা কহি অনুবাদ করে বার বার ॥ ৩০২
তাতে আদি লীলার করি পরিচ্ছেদ গণন।
প্রথম পরিচ্ছেদে কৈল মঙ্গলাচরণ ॥ ৩০৩
দ্বিতীয় পরিচ্ছেদে চৈতন্যতত্ত্ব-নিরূপণ।
স্বয়ং ভগবান যেই ব্রজেন্দ্র নন্দন ॥ ৩০৪

অর্থ :—

অঙকপা চৈতন্য লীলা, থাজনা মীদুনা।
চৈতন্যগী চরণ সেবা তৌবা ঙম্মী মানা ॥ ২৯৯
অচুম্বগী মচি, ওইবা শককপু হাঙ্গজরে।
মাসিবু তাজববদি শুদ্ধ ভক্তি ফংজবে ॥ ৩০০
ইবিনা বাবীগী শকক, অমুক হন্না হাঙ্গদা।
বাবী অচুম্বা অর্থবু ফংই লৌবদা ॥ ৩০১
ব্যাসনা ভগবতা ইবিনা তৌ চত্থা।
বারানা হাঙ্গবা অনুবাদ তৌদুনা হন্না হন্না। ৩০২
অদুনা আদি লীলাগী মতাং মশীং থাদি।
অহানবা মতাংদা মঙ্গলাচরণ হাঙ্গরি। ৩০৩
অনিশুবা মতাংদা চৈতন্যতত্ত্ব ইরি।
ব্রজরাজগী মচা মহাক স্বয়ং ঈশ্বর ওইব। ৩০৪

---

## গৌর-কৃপা টীকা

অনুবাদ। বিচারগী রাংমদা ... ব ... ভাব অমদি পোং পূর্ণমক অচু. মরৈনা তর্কনা সংসারগী ... বষয়গী মতুং ... মাচু প্রকৃতিগী (মায়া সংসারগী) রাংমগী ... হাঙ্গদ্রবা ... (... ) ... অচিন্ত্য (মায়াগী রাংমা) হাঙ্গনি।

তেঁহো ত চৈতন্য কৃষ্ণ শচীর নন্দন।
তৃতীয় পরিচ্ছেদে জন্মের সামান্য কারণ। ৩০৫
তাহ-মধ্যে প্রেমদান বিশেষ কারণ।
যুগধর্ম্ম কৃষ্ণনাম প্রেম—প্রচারণ॥ ৩০৬
চতুর্থে কহিল জন্মের মূল প্রয়োজন।
স্বমাধুর্য্য—প্রেমানন্দরস আস্বাদন॥ ৩০৭
পঞ্চমে শ্রীনিত্যানন্দতত্ত্ব নিরূপণ।
নিত্যানন্দ হৈলা রাম রোহিণী নন্দন॥ ৩০৮

অর্থ :-

কৃষ্ণ অহুনা শচীগী মচা ওইররি।
মতাং অহুম শুবদা পোকপা মরম ইরবি॥ ৩০৫
মাহুগী মনুংদা মরু ওইবনা প্রেম--দাননি।
যুগ ধর্ম্ম কৃষ্ণনাম প্রেম য়েন্থোকপনি॥ ৩০৬
মরিশুবদা পোকপগী কান্নবা হাঈজারে।
মশাগী মাধুর্য্য প্রেমানন্দরস চুপ্পা ইজরি॥ ৩০৭
মঙা শুবদা শ্রীনিত্যানন্দ তত্ত্ব হাঈরে।
রোহিণীগী মচা বাম্মা নিত্যানন্দ ওইরে॥ ৩০৮

গৌর-কৃপা-টীকা

ঐখোয় প্রাকৃত জগৎ অসিগী মানি: প্রাকৃত অচম্বা) পোংকা তিন্নহুনা তোং-নহুনা লৈবি; ঐখোয়গী লৌশিং জ্ঞান খংজরিবা অসিসু প্রাকৃত (অচম্বা) পোংগা মথক্তা লৈবনি ঐখোয়গী যুক্তি মরে বিচার শউজরিবা পুন্নমক অসিদি প্রাকৃত অচম্বা জগৎ অসিদা শিজিন্নবনি।

তৌইশুন্নমসুং অপ্রাকৃত (অচম্বা নত্তবা, চমদবা) -চিন্ময় জগৎকা মরী লৈননা করিগুম্বা বিচারদা, প্রাকৃত অচম্বা জগৎকী বুদ্ধিনা চংননবা মক্ষম লৈতে। চংননবগী বিচার অমদি লৈরি। পরম ওইবা মী অহুনা প্রকৃতিগী বিচারভত (মায়াগী হককং) ওইদ্রবদি—মহাক প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা মী ওইবে। মহাক অপ্রাকৃত (চমদবা)

ষষ্ঠ পরিচ্ছেদে অদ্বৈত-তত্ত্বের বিচার।
অদ্বৈত-আচার্য্য মহাবিষ্ণু-অবতার। ৩০৯
সপ্তম-পরিচ্ছেদে পঞ্চতত্ত্বের আখ্যান।
পঞ্চতত্ত্ব মিলি যৈছে কৈল প্রেমদান ৩১০
অষ্টমে চৈতন্যলীলা বর্ণন-কারণ।
এক কৃষ্ণনামের মহা মহিমা কথন ॥ ৩১১

**অর্থ :—**

তরুকপন্দা অদ্বৈত-তত্বগী মতাংনি।
অদ্বৈত আচার্য্য মহাবিষ্ণু অবতারনি ॥ ৩০৯
তরেৎ শুবা মতংদা পঞ্চতত্ত্ব হাঙ্গৈরি।
পঞ্চতত্ত্ব তিন্নহুনা প্রেমদান পীবিরি। ৩১০
নীপান শুবদা চৈতন্যলীলা মরম হাঙ্গৈরি।
কৃষ্ণগী নাম অমুক্তং শোনবগী মগুণ হাঙ্গৈব ॥ ৩১১

গৌর-কৃপা টীকা

ওইবে, অপ্রাকৃত (চম বা) পোৎ পূম্নমক চন্ময় (মায চদবা) গী মশকুনি, চিন্ময়গী পোৎ পূম্নমক অসি প্রাকৃত (মাযাদা লাবব) গী ঐখোইগী করিগুম্বদসু উবা ফংদে, ফংগন হাঙ্গৈনসু ঐখোইনা খাঙবা ঙমদে, মরমদি—"অপ্রাকৃত বস্তু নহে প্রাকৃতেন্দ্রিয় গোচর।" শাস্ত্রগী বাদ। অচুম্বা ধর্ম্ম লৌনা অহৎ কবিণ্দ উপায়না চিন্ময় জগৎকী কবিগুম্বা পাও অমতা ণিংখোইন ফংনা ঙমদে, অতুম ওইবা চিন্ময় জগৎ অমু ঐখোইগী করিগুম্বা ইন্দ্রিয় অমতনা উব ফংদ হাইহুনা মাযাগী মন্নুংদা লৈবিবা ঐখোইগী মরমদদি অচিন্ত্য (বিচারগী বাংমদা লৈবা) ওইরে অসুম ওইবা অচিন্ত্যগী চিন্ময় জগৎ অসিগী রীতিনীতি হৌন-লমচ (চংনবোল) এরম পূম্নমক্তা ঐখোইগী প্রাকৃত জগৎকী হৌনা-লমচৎকা মান্নরম্লোই, মরম অদুনা অচিন্ত্য চিন্ময় জগৎকী মরমদা কন্নিগুম্বা বিচার অমদা প্রাকৃত জগৎকী খণ্ডহৈবনা শিজিন্নরুবদা, বিচার তৌরুবদা অচুম্বা, অরেম্বা খঙবা ঙমগনি হাঙ্গৈনা নীংফম থোক্কে। প্রাকৃত জগৎ (মাযা জগৎ) কী মন্নুং ঙনবা হুকচাং ওইদনবা হোংনবা ঙমহুনা, ভক্ত অমা ওইববতদা মশমম অদুদা ঐখোইনা অপ্রাকৃত চিন্ময় জগৎকী পোৎ পূম্নমক উবা ফংগনি খঙবা ঙমগনি। মরৈনা তর্কনা থিন্নবদি য়াম্না লাপখ্রে।

নবমেতে ভক্তি কল্পবৃক্ষের বর্ণন।
শ্রীচৈতন্য মালী কৈল বৃক্ষ আরোপণ॥ ৩১২
দশমেতে মূল স্কন্ধের শাখাদিগণন।
সর্ব্বশাখাগণের যৈছে ফলবিতরণ॥ ৩১৩
একাদশে নিত্যানন্দ শাখা বিবরণ।
দ্বাদশে অদ্বৈত স্কন্ধ শাখার বর্ণন॥ ৩১৪
ত্রয়োদশে মহাপ্রভুর জন্মবিবরণ।
কৃষ্ণনাম সহ যৈছে প্রভুর জনম॥ ৩১৫
চতুর্দ্দশে বাল্যলীলার কিছু বিবরণ।
পঞ্চদশে পৌগণ্ডলীলা সংক্ষেপ কথন॥ ৩১৬

অর্থ :—

মাপনশুবদা ভক্তি কল্প পাম্বী শীংথারি।
চৈতন্য মালীনা ভক্তি পাম্বী পাবিরি॥ ৩১২
তরা শুবদ উপালগী মসা-মরং হায়রি।
মশা-মশাগী শাখাশিংগী মহৈ মবা হেক্কে কপিরি॥ ৩১৩
তরামা থাইদা নিত্যানন্দগী মসা হায়রি।
তরানিথোইদা অদ্বৈতগী মসা শীংথারি॥ ৩১৪
তরাহুমদোইদা প্রভুগী পোকপ মবু হায়রি
কৃষ্ণনামগা লোইননা 'ভু' পাবপা হায়রি ৩১৫
তরামরি শুবদা বাল্যলীলা শীংথারি।
তরামঙা শুবদা পৌগণ্ড লীলা হায়রি॥ ৩১৬

গৌর-কৃপা-টীকা

২৯৯। শ্রীচৈতন্যগী লীলাগী মৰমদা অচম্ব মংনা যুক্তি তর্ক লৌনফম থোক্তে ভগবান্দা মায়া থাজবা ওয়ব মী অহুনা বিচারগী ৱামদ অওকপ ওইনা লৈরিবা ভগবানগী গুণ শক্তি পূর্ণমকপু থাজবা ওমই। মরম অসিনা ভগবল্লীলগী ওওক্পা তত্ত্বদা চেৎনা থাজরবনিনা ভগবানবুস্থ চেৎনা থাজরে হায়না লৌফম (নীংফম) থোক্লে। ভগবান্দা চেৎনা থাজরবা মরম্না সাধনগী থাক্তা কাখৎলক্তুন ভগবচ্চরণ (ভগবৎ + চরণ) —সেবা লাইনা মী অহুনা ওমই।

ষোড়শ পরিচ্ছেদে কৈশোর লীলার উদ্দেশ।
সপ্তদশে যৌবন লীলার কহিল বিশেষ॥ ৩১৭
এই সপ্তদশ প্রকার আদিলীলা প্রবন্ধ।
দ্বাদশ প্রবন্ধে তাতে গ্রন্থমুখবন্ধ॥ ৩১৮
পঞ্চ প্রবন্ধে পঞ্চ রসের চরিত।
সংক্ষেপে কহিল অতি না কৈল বিস্তৃত॥ ৩১৯
বৃন্দাবন দাস ইহা চৈতন্যমঙ্গলে।
বিস্তারি বর্ণিলা নিত্যানন্দ আজ্ঞাবলে॥ ৩২০
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যলীলা অদ্ভুত অনন্ত।
ব্রহ্মা শিব শেষ যার নাঁহি পায় অন্ত॥ ৩২১

তরাতরুক শুবদা কৈশোর লীলা উংলি।
তরাংরেৎ শুবদা যৌবন লীলাবু উংলি। ৩১৭
আদিলীলা জম্মন্না মরম তরাতরেৎনি।
তরানিথৈ ই শুবা ফাওবা নাহৌদোকনি॥ ৩১৮
রাফম মঙাথক্তা রস মচুা কুনা ইরি।
য়াম্না শন্দোক্না ইজত্রে - মপনা ইজরি॥ ৩১৯
বৃন্দাবন দাসনা চৈতন্য ভাগবত্তা ইখ্রে।
নিত্যানন্দগী য়াথং মথুংইনা ইগরে॥ ৩২০
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যলীলা অঙকপ অনন্তনি।
ব্রহ্মা শিব শেষনা ঙমদৈ শতদবনি॥ ৩.১

গৌর-কৃপা-টীকা

৩০১। অনুবাদ—ররী পূর্ণক ইবা লোইরগা মমৈ উংথংবদা রায়ী অপূর্বহ্নী শয়া অমুক হয়া ইরবদি ইাশ্রশিং অতুগী মহাও লোবা থুদোং চাই, মুংঙাই। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী লীলা থুপিংগী আদি লীলা, মধ্য লীলা অমসুং অন্ত্যলীলাগী শীংথাবা লোইরগী মতুংদা মমৈদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা মতাংগী মমৈদা লীলা অহগী মরন পূর্ণমক মচুগী মওংদা অমুক হয়া ইবিরম্মি।

যে যেই অংশ কহে শুনে সেই ধন্য।
অচিরে মিলিবে তারে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ॥ ৩২২

অর্থ :—

শরুক খরদং হাঙীবা তাদদা মঙ্গল পীবনি ।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু য়াম্না থুনা ফংগনি ।। ৩২২

---

গৌর কৃপা টীকা

৩০২। মতৌ অশূম্না অমুক হন্না সুত্রগী মওংদা ইরিবসি মমাংঙৈগী থাইনদগী মহাজনশিংস্ত তৌবম্মী। ব্যাস দেব মশামক্না শ্রীমদ ভাগবতকী অরোইবা স্কন্ধগী মথংদা দ্বাদশ-অধ্যায়দা য়ারী পুম্নমক্কী অনুবাদ বামচং শন্না অমুক হন্না ইরি।

৩০৩। অহুনা অনুবাদকী মবমদা ব্যাসদেবগী তুং ইন্না হাঙীহুনা। আদি লীলাগী নচিংবা অসিগী মমাংদা লাইরিক অসিগী, আদি-লীলাগী করম্বা মতাংদা করি মরম খন্নথবগে হাঙীবতু ইরি। থাঙৈশেংবদি থাঙীনা চংনরম্না অনুবাদ অসি হৌজিক কালগী সুচীপত্রগুম্বনি, খেন্নবা হাঙীববু থাঙীনগী অনুবাদনা মমদা ইনৈ অহুগা হৌজিক কালগী সুচীপত্রনা লাইরিক্কী অহানবা মকোক্তা ইনৈ।

৩১২। থাবিরি—মহৈ-মরোং য়াম্না মন্নাং কাঙীনা ফংননবা থাবিরি।

৩১৮। মরম—পূর্ব্বাপর-সঙ্গতিযুক্ত রচনা, বরিগুম্বা মবমদা মাং-তুং য়েংহুনা শীংথাবা মরম।

আদি লীলাগী মতা তরাতরেং হাঙীন্নি। প্রভুনা করম্বা লীলা শান্নবিরগে হাঙীবতু ইবি। মতা অহানবদগী তরানিথোই শুবা ফাওবা মরম তরানিথোই ইরি।

র হৌদোক্রে—ভূমিকা-স্বরূপ। অহানবা মতাংদগী তরানিথোই শুবা ফাওবা অসি রান্নী পুম্নমক্কী ভূমিকাগী ( বাহৌদেকী ) মশক মওংনি

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অদ্বৈত নিত্যানন্দ।
শ্রীবাসগদাধর আদি ভক্তবৃন্দ॥ ৩২৩
যতযত ভক্তগণ বৈসে বৃন্দাবনে।
নম্র হৈয়া শিরে ধরোঁ সভার চরণে॥ ৩২৪
শ্রীস্বরূপ শ্রীরূপ শ্রীসনাতন।
শ্রীরঘুনাথদাস আর শ্রীজীবচরণ॥ ৩২৫

অর্থ :—

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অদ্বৈত নিত্যানন্দ।
শ্রীবাস গদাধর অয়াম্বা ভক্তবৃন্দ ।। ৩২৩
বৃন্দাবন্দা লৈরিবা ভক্তমথৈগা লোইননা।
খাইগী চরন্দা খুরুমজরি কোক লুকথহনা ।। ৩২৪
অমসুং শ্রীস্বরূপ শ্রীরূপ শ্রীসনাতন।
শ্রীরঘুনাথদাস অহুগা শ্রীজীবগীচরণ ।। ৩২৫

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩১৯। ব্রাহ্মম মঙাখক্তা—তরাহুমদোই শুবা ফাওবা অসিনা রারী পুম্নমকী ৽ক্ল ওইবা মরম শ্রীচৈতন্যগী লীলা ইবি। রস মঙাগী মঙং,—শ্রীচৈতন্যগী চরিত্রকী রস মঙা; তরাহুমদোই শুবা মতাংদা পোকপগী লীলা, তরামবিশুবদা অঙাংগী লীলা, তরা-মঙাশুবদা পৌগণ্ড—লীলা রস, তরাতরুক শুবদা কৈশোর লীলা রস অমসুং তরা তরেৎ শুবদা যৌবন-লীলা রস শীংথাজরি।

৩২১। শেষ—মকোক লিশিং অমা পান্‌বা অনন্তদেব।

৩২২। শ্রীচৈতন্য-লীলাগী শরুক মপুং ফানা হাঙ্গবা অমসুং তানা কনানসু ঙম্মোই, মরমদি, লীলা অসি অনন্তনি (ঙমথৈ লৈতবনি চাওখরবনি)। মপুং ফানা ঙমদ্রগনসু মী অহনা লীলা অসিগী শরুক খরদং হাঙ্গজবা অমসুং তঙজবা ঙম্মিবহু মতাক লাইবক ফবনি। মরমদি, শ্রবণ কীর্ত্তনগী মগুণনা থীন্দনা মী মহক অদু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী চরণ সেবা ফংগনি

৩২৫— "শ্রীরঘুনাথদাস" অসিগী মহুৎতা "শ্রীরঘুনাথ অনি" অসুম্না পানবসু য়াওই শ্রীরঘুনাথ অনি— (১) রঘুনাথদাস অমসুং (২) রঘুনাথ-ভট।

**শিরে ধরি বন্দোঁ নিত্য করোঁ তাঁর আশ।**
**চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ৩২৬**

অর্থ :—

তত্তনা নীংজত্না নোল্লক্লা থুকমত্না।
চৈতন্য চরিতামৃত লেংজে কৃষ্ণদাসনা ॥ ৩২৬

**ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে যৌবন লীলা সূত্র-বর্ণনং নাম সপ্তদশপরিচ্ছেদঃ॥ ১৭**

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদিখণ্ডগী পাথং-লীলা শন্নপা ইবা ওরাতয়েং শুবা মতাং লোইজরে॥ ১৭

---

## গৌর-কৃপা-টীকা

৩২৬— "শিরে ধরি" গী মহুংতা "শ্রীলগোপাল ভট্ট-পদ করি আশা" অসুম্না পানবস্থ য়াওই।

নাসিদা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী আদি লীলাগী গৌর কৃপা টীকা লোইজরে।

আদি লীলা সমাপ্তা।
বৈষ্ণবকী থুরাউফুন ভাইজরিব,
শ্রীতোংব্রম গৌরমণি সিংহ
শেগালম্বি, কোঙেং হজারী লৈকাই
ইম্ফাল।

— —

লোইরবা